

=মণিপুরী=

# মহাভারত

## আদিপৰ্ব্ব অহানবা তংখাই

—:*:—

বেদব্যাসগী শ্লোকাবলী মহাভারতকী
পৰ্ব্ব-অধ্যায় শ্লোক মথং-মনাও
কায়দনা, মরক মরক্তা টীকা
পীদুনা মৈতৈরোন্দা
হন্দোকচবা।

কালাচান্দ শাস্ত্রী।

—০*০—

সেবক মণ্ডলী (কমিটি),
মণিপুরী মহাভারত সভা॥

ইম্ফাল
॥ ইং কুমজা ১৯৫৩॥

মমল লুপা ১০



=মণিপুরী=

# মহাভারত

## আদিপর্ব্ব অহানবা তংখাই

—:*:—

বেদব্যাসগী শ্লোকাবলী মহাভারতকী
পর্ব্ব-অধ্যায় শ্লোক মথং-মনাও
কায়দনা, মরক মরক্তা টীকা
পীদুনা মৈতৈরোন্দা
হন্দোকচবা।

কালাচান্দ শাস্ত্রী।

—০*০—

সেবক মণ্ডলী (কমিটি),
মণিপুরী মহাভারত সভা॥

ইম্ফাল
॥ ইং কুমজা ১৯৫৬॥

মমল লুপা ১০

ওঁ

# নীংজবা অমদি থৌরাংজবা ।।

ভারতগী যাংমদা, ধর্ম্মদা তোপথ্রবা,
রুশিয়া-ইউরোপ, অমেরিকা,
চীন—জাপান—জর্ম্মন - অফ্রিকা,
লন শক্তি মিংচৎ প্রেমদা,
মশাগী ওইজবা তান্দবা নীতিদা
চাউথৎলবা জাতি থিবিক্লা
মরোন্-মবোন্দা হন্দোক্কুনা
জাতি হূপ্পা মীপূম থিৎনা নৈনরিবা—
ভারতকী চাউথৎপা লোন কয়াদ—
হিন্দী—উর্দ্দু, মারাঠী, গুজরাতী, বাঙ্গলা,
আসামী, তামিল, তেলেগু, পঞ্জাবী,
লোন থিবিক্তা হন্দোক্কুনা নৈনবিবা
জগৎকী জ্ঞানগী লৌথোবক্ষম,
ভগবদগীতাগী পোক্রুফম,,
পুরাণথিবিক্কী অথোইবা,
বেদ ব্যাস মহাভারত
মনিপুরী জাতি ইরোন্দা,
লৈরগদি ফগদরা থঙ্গবা,
ইমারোন চাউথৎপা পামজবা
মনিপুরী জাতিবু মুংশিজবা,
মনিপুরী ইচিন্ন'ও কয়ানা,
থৌরাংজহনা তাং ২০।৬।৫৫ ইংদা
ডাক্তর, শ্রীযুক্ত ইবুংঙোতোনসনাসিংহ,
রাজকুমারগী শঙ্গোই গুর্ম্মাংদা,
ভগবানগী পূজা কচ্চহুনা
লৈপাক সভা অমা তিনথি;
সভাহূ "মনিপুরী মহাভারত সভা" কৌথি।
সভাহুনা যাবী তাকপিরঙ্গা,
সেবক মণ্ডলী মিংথোল লৌজহুনা
পুক্লিং চকচাং কচ্চহনা,
**"মনিপুরী মহাভারত"**
থৌরাংজবনি

বেদ ব্যাসগী শ্লোকাবলী কোম্বনা
মনিপুরী ইমারোন্দা হন্দোকচবনি।
পাবিবা শিক্তিম্নবদা থুদাংচানবা
থণ্ড—থণ্ড ওইনা ফাংজরক্কনি।
মথংশিংনা পাথরকপদা
মরক্ত পন্দনবা হায়রহুনা,
অন্বয়— শব্দার্থ ইজদ্রে।
লৈপাক্কী জাতিগী ওইদুনা,
অধ্যাত্মিক সংস্থান ওইদুনা
তুং কাইনা লৈহৌনি থঙ্গহুনা
ইশাগী ওইজবা যাংলবু,
তুং ওইনা থমজহুনা
নিস্বার্থ প্রেমদা লুপচহুনা,
ভগবৎ-সেবা চংজরি।
ইরোন্দা হন্দোকপিবা নিপাদিঃ—
স্বদেশ-স্বজাতি প্রেমিক ওইরবা,
শ্রীযুক্ত কালাচান্দ শাস্ত্রী, বি. এ, বি, টি, না
মনিপুরী ইমারোন্দা হন্দোকপিহুনা,
আদিপর্ব্বগী "অহানবা-ত থাই" অসি
থণ্ড অমা ওইনা ফোংবা হৌজরি।
হন্দোকচবনা হায়জবাঃ—
"সংস্কৃত থিজং তমজরুবগা
ইতিক ইপা ওইদবা থবলপু,
ইরোন্দ ভারতবু হান্দাকপাগী ভারবু
ময়ামগী য়াথং ইন্দুনা পুজে।
কুইনা-শানা ইবা গুমজদবা
শোল্লবা পাংদ্রবগী ইতেংবু
ঐগী মুংশিজরবা বিদ্যার্থী
শ্রীফুরাইলাৎপম্ বেদগর্ভ
ময়ান্না থংনবা দাউজীশর্ম্মানা
অরাবা কোংগাই ইতেং পাংবিরী।
পুন্সিচুপ্পা মাবু কাউজারাই

# মতাং অধ্যায় লমাই মপা তাকপা।

—:(*):—



## মঙ্গল — নিজবা

( উপজাতিচ্ছন্দ )

মমাগী শমজীদ তনৌ হনৌবা,
ভাংভ্‌াংন লৈতেংব জবাকুসুমু,
নাতোম্ন জটাদ মপাদ থেংপা,
চংজৈ খুয়াখাদ গনেশমাগী ॥১॥

মচাগী কুম্মৈ উরগা ন্‌ংভাইনা,
মোমোম্ন নোকমিম্ন শিবশঙ্করীদা,
চংজৈ খুরুমজৈ অনিমকপু ঐনা,
য়ৈখায়ব লৈহম্বিন্‌ হায়ন চংজৈ ॥২॥

অর্জুনগী লমজীংবিব বাসুদেব—
জগৎপু লমজীংলিব কৃষ্ণ মাবু
খুবাং তরা লোম্ন ইকোকপু নোম্না
কৃপা-মরিক পীবিম্মু হায়না ঐনা ॥৩॥

মহর্ষিদো সত্যবতী মপারী,
শ্রীব্যাস কৌবা'দুগ থোইন হৈবা,
পুরাণ খিবিক থোকখি মাগী চিন্দা,
চংজৈ ইকোক লোম্না মনাইনি হায়না ॥৪॥





# শ্রীমহাভারতম্

## আদিপর্ব্ব

( অহানবা অধ্যায় )

—০(*)০—

নারায়ণং নমস্কৃত্য নরঞ্চৈব নরোত্তমম্। দেবীং সরস্বতীঞ্চৈব ততো জয়মুদীরয়েৎ ॥১॥
সুখাসীনানভ্যগচ্ছদ্ব্রহ্মর্ষীন্ সংশিতব্রতান্। বিনয়াবনতো ভূত্বা কদাচিৎ সূতনন্দনঃ ॥২॥
তমাশ্রমমনুপ্রাপ্তং নৈমিষারণ্যবাসিনঃ। চিত্রাঃ শ্রোতুং কথাস্তত্র পরিবব্রুস্তপস্বিনঃ॥ ৩ ॥
অভিবাদ্য মুনীংস্তাংস্তু সর্ব্বানেব কৃতাঞ্জলিঃ। অপৃচ্ছৎ স তপোবৃদ্ধিং সদ্ভিশ্চৈবাভিনন্দিতঃ ॥ ৪ ॥
অথ তেষূপবিষ্টেষু সর্ব্বেষ্বেব তপস্বিষু। নির্দ্দিষ্টমাসনং ভেজে বিনয়াল্লৌমহর্ষণিঃ ॥ ৫ ॥

---

মাযানা বূপ্লবা জীবাত্মাগী মশক ওইববা নববু, হাযরিব নর খিবিক্কী অথোইবা ব্রহ্মগী মশক ওইরবা নরাযণবুস্থ, অমদি অনি অসিগী জ্ঞানতনা ঙাল্লবী সরস্বতীবু খুবমজবগা জয় কৌবা ইতিহাসগী মশক ওইরবা মহাভারত কৌবা পুরাণবু শোন্‌গদবনি,, শক্কদবনি ॥১॥ নোংম, সূতগী মচা সৌতি উগ্রশ্রবানা; ব্রত কল্লবা অমদি মুংঙাইনা ফমত্তুনা লৈরবা সৌনকনচিংবা ব্রহ্মর্ষিশিংগী মফমদা লাক্‌খি, ময়ামগী মাংদ নোল্লুক্লা ফমখি ॥২॥ নৈমিষারণ্যদা লৈব ব্রহ্মর্ষিশিংগী আশ্রমদা থুংলরবা সৌতিগী মফমদগী, মুংঙাইরবা ম্বারী মথল মথলবু তানীংবনা ব্রহ্মর্ষিশিংনা ইকোয় কোয়ন ফম্লরে ॥ ৩ ॥ মুনি পূম্বনা তরাম তরাম তৌরবা সৌতিনা খুৎলোম্নতুনা ময়ামবু খুরুম্লগা মুনিশিংগী য়ৈখায়বা লৈত্তনা চাওখৎলবা তপস্যাগী মঙ্গল ওইবা পাও হংখি ॥ ৪ ॥ অতুগী মতুংদা মুনিশিং অতুনা মাগী মাগী আসনদা ফমথখ্রবদা লোমহর্ষণগী মচা সৌতিস্থ মাগীদমক থারিবা আসনদা ফমখি ॥ ৫ ॥

সুখাসীনং ততস্তন্তু বিশ্রান্তমুপলক্ষ্য চ। অথাপৃচ্ছদৃষিস্তত্র কশ্চিৎ প্রস্তাবয়ন্ কথাঃ ॥ ৬ ॥
কুত আগম্যতে সৌতে ! ক চায়ং বিহৃতস্ত্বয়া। কালঃ কমলপত্রাক্ষ ! শংসৈতৎ পৃচ্ছতো মম ॥ ৭ ॥
এবং পৃষ্টোঽব্রবীৎ সম্যগ্ যথাবল্লোমহর্ষণিঃ। বাক্যং বচনসম্পন্নস্তেষাঞ্চ চরিতাশ্রয়ম্,
তস্মিন্ সদসি বিস্তীর্ণে মুনীনাং ভাবিতাত্মনাম্ ॥৮—৯॥

সৌতিরুবাচ—

জনমেজয়স্য রাজর্ষেঃ সর্পসত্রে মহাত্মনঃ সমীপে পার্থিবেন্দ্রস্য সম্যক্পারীক্ষিতস্য চ।
কৃষ্ণদ্বৈপায়নপ্রোক্তাঃ সুপুণ্যা বিবিধাঃ কথাঃ ॥ ১০ ॥
কথিতাশ্চাপি বিধিবদ্যা বৈশম্পায়নেন বৈ। শ্রুত্বাহং তা বিচিত্রার্থা মহাভারতসংশ্রিতাঃ ॥ ১১ ॥
বহূনি সম্পরিক্রম্য তীর্থান্যায়তনানি চ। সমন্তপঞ্চকং নাম পুণ্যং দ্বিজনিষেবিতম্ ॥ ১২ ॥
গতবানস্মি তং দেশং যুদ্ধং যত্রাভবৎ পুরা। কুরূণাং পাণ্ডবানাঞ্চ সর্ব্বেষাঞ্চ মহীক্ষিতাম্ ॥ ১৩ ॥
দিদৃক্ষুরাগতস্তস্মাৎ সমীপং ভবতামিহ। আয়ুষ্মন্তঃ সর্ব্ব এব ব্রহ্মভূতা হি মে মতাঃ ॥ ১৪ ॥
অস্মিন্ যজ্ঞে মহাভাগাঃ সূর্যপাবকবর্চ্চসঃ। কৃতাভিষেকাঃ শুচয়ঃ কৃতজপ্যা হুতাগ্নয়ঃ।
ভবন্ত আসনস্বস্থা ব্রবীমি কিমহং দ্বিজাঃ ॥১৫॥

---

অতুগী মতুংদা ওহাক পোথাতুনা ফুংংচাইনা ফম্লিবা সৌতিগী মফমদা। মুনিশিং অতুগী কনাগুম্বা অমনা ৱারী লীননবা হৌদোকপা ওইনা হংখি ॥৬॥ হে সৌতি! হৌজিক্লা কদোমদগী লাক্লিবনো? অস্থুক কুইবা মতমনা কদাযদা লেল্লুবা? মাযথোং নিংথিববা হে সৌতি! মাসি ঐঙোন্দা হাযবিয়ু ॥৭॥ অম্বম্না মহর্ষিশিংনা হংলবদা লোমহর্ষণগী মচা সৌতিনা মযেক চুম্লবা ৱাহৈ ৱাতানা মুনিশিং অতুগী নিংথিববা লমচৎকী বর্ণননা থল্লবা ৱাখবদং বিধি কাযদনা, ইন্দ্রিয় থুত্নম চন্দুনা আত্মা মশক খংলবা মুনিশিংগী চাওরবা সভা অতুদা হাযখি।॥৮-৯॥ সৌতিনা হাযখিঃ—"পুকচেল চাওরবা রাজর্ষি জনমেজয়গী সর্পসত্র (লিলগী যজ্ঞ) দা, পরীক্ষিৎকী মচা (জনমেজয) নিংথৌ অতুমক্কী মমাংদা, কৃষ্ণদ্বৈপাযননা লীখিবা পুণ্য চেল্লবা নিংথিববা অমদি মথং মনাও কাযদনা, বিধি কাযদনা বৈশম্পাযননা অমুকস্থু লীখিবা মহাভারত কৌবা পুরাণগী ৱারীশিং অদু তারব তুংদা ঐহাক্লা অয়াম্বা তীর্থ-মন্দিরনচিংবা কোযকরগা ব্রাহ্মণ খিবিক্লা থল্লবা পুণ্যচেল্লবা সমন্ত পঞ্চক কৌবা তীর্থদা যৌরুই। হায়রিবা ক্ষেত্র অসি মমাং-ঙৈদা কুরু পাণ্ডবশিং অমদি অচৌ অচৌবা নিংথৌশিংগী মসুংদা লাণ্ডাও অম থোকখিবা মফম-তুনি ॥১০-১৩॥ সমন্তপঞ্চক কৌবা তীর্থ অদুদগী অমুক ব্রহ্মর্ষিশিংগী দর্শন ফংনিংবনা মফম অসিদা লাকচ-রিবসিনি। ব্রহ্ম মশক খংবনা ব্রহ্মমক ওইরবা, আযুষ্মান্ ওইরবা মহর্ষিমক্তনি। যজ্ঞ অসিদা য়াওবিরিবা ব্রহ্মর্ষি পূম্বা, সুমিংকী অমদি মৈগী তেজ পুববা, পুকচেল চাওরবা, লাইবক ফরবামক্তনি ॥১৪॥ ব্রাহ্মণ পুম্নমক যজ্ঞ লোইবগী অবভৃথ স্নান তৌরবা, ইশেং শেংনা লৈরবা অমদি তৌগদবা জপ হোমনচিংবা বিধি কায়দনা তৌবিরবা মযাম্না আসনদা ফুংভাইনা লেংশিন্দুনা লৈবিরে; করি লীজৌ হায়রগে ॥ ১৫ ॥

**পুরাণসংহিতাঃ পুণ্যাঃ কথা ধর্ম্মার্থসংশ্রিতাঃ। ইতিবৃত্তং নরেন্দ্রাণামৃষীণাঞ্চ মহাত্মনাম্ ॥ ১৬ ॥**

**ঋষয় ঊচুঃ**

দ্বৈপায়নেন যৎ প্রোক্তং পুরাণং পরমর্ষিণা। সুরৈর্ব্রহ্মর্ষিভিশ্চৈব শ্রুত্বা যদভিপূজিতম্ ॥১৭॥
তস্যাখ্যানবরিষ্ঠস্য বিচিত্রপদপর্ব্বণঃ। সূক্ষ্মার্থন্যায়যুক্তস্য বেদার্থৈর্ভূষিতস্য চ ॥ ১৮ ॥
ভারতস্যেতিহাসস্য পুণ্যাং গ্রন্থার্থসংযুতাম্। সংস্কারোপগতাং ব্রাহ্মীং নানাশাস্ত্রোপবৃংহিতাম্ ॥ ১৯ ॥
জনমেজয়স্য যাং রাজ্ঞো বৈশম্পায়ন উক্তবান্। যথাবৎ স ঋষিস্তুষ্ট্যা সত্রে দ্বৈপায়নাজ্ঞয়া ॥ ২০ ॥
বেদৈশ্চতুর্ভিঃ সংযুক্তাং ব্যাসস্যাদ্ভুতকর্ম্মণঃ। সংহিতাং শ্রোতুমিচ্ছামঃ পুণ্যাং পাপভয়াপহাম্ ॥২১॥

সৌতিরুবাচ।

আদ্যং পুরাণমীশানং পুরুহূতং পুরুষ্টুতম্। ঋতমেকাক্ষরং ব্রহ্ম ব্যক্তাব্যক্তং সনাতনম্ ॥ ২২ ॥
অসচ্চ সচ্চৈব চ যদ্বিশ্বং সদসতঃ পরম্। পরাবরাণাং স্রষ্টারং পুরাণং পরমব্যয়ম্ ॥ ২৩ ॥
মঙ্গল্যং মঙ্গলং বিষ্ণুং বরেণ্যমনঘং শুচিম্। নমস্কৃত্য হৃষীকেশং চরাচরগুরুং হরিম্ ॥ ২৪ ॥
মহর্ষেঃ পূজিতস্যেহ সর্ব্বলোকৈর্মহাত্মনঃ। প্রবক্ষ্যামি মতং পুণ্যং ব্যাসস্যাদ্ভুতকর্ম্মণঃ ॥ ২৫ ॥
আচখ্যুঃ কবয়ঃ কেচিৎ সম্প্রত্যাচক্ষতে পরে। আখ্যাস্যন্তি তথৈবান্যে ইতিহাসমিমং ভুবি ॥ ২৬ ॥

---

ধর্ম,— অর্থগী ৱারীনা থল্লবা, তাবদা পুণ্য চেল্লবা পুরাণ-সংহিতা কথা লৈরি। পুকচেল চাওরবা ঋষিশিংগী অমদি নিংথৌশিংগী ইতিহাসসু যাম্না লৈ। অসিগী মনুংদা করি ররম্বা লীজৌ হায়বগে? ॥১৬॥ ঋষি খিবিকনা হায়খিঃ— ঋষি অথোইবা কৃষ্ণদ্বৈপায়ননা লেংখিবা মাদুবু তাবগা দেবতা অমদি ব্রহ্মর্ষিখিবিক্লা লুনা তৌশ্রবা, নিংথিরবা পদ-বাক্যনা থল্লবা, ন্যায়গী কূপ্পবা অর্থনা তিল্লবা, বেদগী অর্থনা লৈতেং ওইববা, ৱারী পূম্বগী অথোইবা, অয়াম্বা গ্রন্থগী অর্থ যাওরবা, মথল মখা অয়াম্বা শাস্ত্রগী ৱাতনা চোল্লবা, সংস্কারদগী মশানা ব্যাসগী মচিন্দগী থোকপ্রবা, অমদি ব্রহ্মপদবী ফংননবা ওইরবা কথা অদো বৈশম্পায়ননা নিংথৌ জনমেজয়গী মাংদা লীখি হায়। অহুম ওইববা, কৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদ-ব্যাসগী য়াথংদগী বৈশম্পায়ননা লীখি হায়রিবা, তৌঙমদ্রবা কর্ম্মবু তৌখ্রবা বেদব্যাসগী, বেদ মরিগী অর্থনা তিল্লবা পাপ-অকীবপূম্ববু কোক্লনবা ওইবা তাবদা পুণ্য চেল্লবা মহাভারত কৌবা সংহিতাগী ৱারী অদো ঐখোয় তাজনিংঙি ॥১৭ – ২১॥

খৱাইদগী ইহান হাল্লবা, যুগ যুগান্তরদগী অথোইবা খিবিক্লা থোইন হেন্না নীংনরক্লবা, শীন-থুংনা লৈতুনা জগৎ পুম্বগী মপু ওইরবা অরেপ্প অচুম্বা, অমাংব লৈত্রবা, ফোংদোকপা ফোংদোক্তবা মওং অনিনা মতমলৈবা খিবিক্লা লৈরিবা পরমপুরুষ ওইবা ব্রহ্মাবু, অমদি লৈব লৈতবা অনিনা তিল্লবা জগৎ তগীসু তে'ংভান্না লৈরবা মাংদা তৌখ্রবা, তুংদা লাক্কদৌরিবা পূম্ববু শেম্বিরিবা, অমাং- অতা লৈত্রবা, মঙ্গলগী মশক ওইরবা, মঙ্গল পীনরবা, মক্তুবা, শেংলবা শ্রীবিষ্ণুবু অদুগা অচৎ-চত্ত লৈবিবা পূম্বগী গুরু ওইরবা ভগবান্ হৃষীকেশবু খুবমজরগা লোক অহুমদা পূজা তৌননিংঙাই ওইরবা পুকচেল চাওরবা অঙকপা কর্ম্মতনা মহাক্নী ওইরবা মহর্ষি বেদব্যাসগী মত কায়দনা ঐ লীজগে ॥ ২২-২৫ ॥ কবি কয়ানা মানা মানা ঙম্বা শক্তিদা লীনখ্রবনি, হৌজিকসু অতোপ অতোপ্পা কয়ানা লীনরিবনি, মতুংদসু কয়ানা ইতিহাস অসিবু পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা লীনহোগদৌবিবনি ॥ ২৬ ॥

ইদন্তু ত্রিষু লোকেষু মহজ্জ্ঞানং প্রতিষ্ঠিতম্ । বিস্তরৈশ্চ সমাসৈশ্চ ধার্য্যতে যদ্দ্বিজাতিভিঃ ॥ ২৭ ॥
অলঙ্কৃতং শুভৈঃ শব্দৈঃ সময়ৈর্দ্দিব্যমানুষৈঃ । ছন্দোবৃত্তৈশ্চ বিবিধৈরন্বিতং বিদুষাং প্রিয়ম্ ॥ ২৮ ॥
নিষ্প্রভেঽস্মিন্নিরালোকে সর্ব্বতস্তমসাবৃতে । বৃহদণ্ডমভূদেকং প্রজানাং বীজমব্যয়ম্ ॥ ২৯ ॥
যুগস্যাদৌ নিমিত্তং তন্মহদ্দিব্যং প্রচক্ষতে । যস্মিংস্তচ্ছ্রূয়তে সত্যং জ্যোতির্ব্রহ্ম সনাতনম্ ॥ ৩০ ॥
অদ্ভুতং চাপ্যচিন্ত্যঞ্চ সর্ব্বত্র সমতাং গতম্ । অব্যক্তং কারণং সূক্ষ্মং যত্তৎ সদসদাত্মকম্ ॥ ৩১ ॥
যস্মিন্ পিতামহো জজ্ঞে প্রভুরেকঃ প্রজাপতিঃ । ব্রহ্মা সুরগুরুঃ স্থাণুর্মনুঃ কঃ পরমেষ্ঠ্যথ ॥ ৩২ ॥
প্রাচেতসস্তথা দক্ষো দক্ষপুত্ত্রাশ্চ সপ্ত বৈ । ততঃ প্রজানাং পতয়ঃ প্রাভবন্নেকবিংশতিঃ ॥ ৩৩ ॥
পুরুষশ্চাপ্রমেয়াত্মা যং সর্ব্বে ঋষয়ো বিদুঃ । বিশ্বেদেবাস্তথাদিত্যা বসবোঽথাশ্বিনাবপি ॥ ৩৪ ॥
যক্ষাঃ সাধ্যাঃ পিশাচাশ্চ গুহ্যকাঃ পিতরস্তথা । তত প্রসূতা বিদ্বাংসঃ শিষ্টা ব্রহ্মর্ষিসত্তমাঃ ॥ ৩৫ ॥
রাজর্ষয়শ্চ বহবঃ সর্ব্বৈঃ সমুদিতা গুণৈঃ । আপো দ্যৌঃ পৃথিবী বায়ুরন্তরিক্ষং দিশস্তথা ॥ ৩৬ ॥
সংবৎসরর্ত্তবো মাসাঃ পক্ষাহোরাত্রয়ঃ ক্রমাৎ । যচ্চান্যদপি তৎ সর্ব্বং সম্ভূতং লোকসাক্ষিকম্ ॥ ৩৭ ॥

অচৌব জ্ঞান পোল্লবা যাঁনা থল্লবা, গ্রন্থশিং মরক্তা থোইদোক্লা তোমথিন ওইনা লৈরবা, লোক অহুমদা ফাওববা মহাভারত কৌবা ইতিহাস অসিবু ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্যশিংনা মতমগী মতুং ইন্না শন্দোকনা, সম্পৎনসু তানবি লীনবি লৌনবি ॥ ২৭ ॥ নিংথিজনবা বৈদিক অমদি লৌকিক শব্দনা লৈতেংলবা; মখলমখা অযাম্বা চন্দ অমদি বৃত্তনা তিল্লবা কবিতা হৈববা পণ্ডিতশিংগী নুংঙাইনফম ওইববা মহাভারত কৌবা পুরাণনি ॥ ২৮ ॥ (জগৎ অসিনা মঙাল অমতা ফংদনা, মফম পুম্বদা তামম্বনা কুপ-খুবদা অচচ্চত্ত পুম্বসিগী পোক্লফম ওইববা মকম অম পোকখি. চোংথোকখি ॥ ২৯ ॥ যুগ অমগী হৌহান হানবদা পোকখিবা মকম অসি, উরিবা লেংঙি পাল্লিবা পুম্বগী নিমিত্ত কারণ হাযবদি পোক্লনবা থোক্লনবা মচাকনি অমদি কারণনি। মাসিগী মনুংদা চুম্নবা ঙাল্লিবা, মতমলৈবা খিবিক্তা লেংদনা লৈববা ব্রহ্ম লৈ হাযনা শ্রুতিদা হায ॥ ৩০ ॥ হাযবিব ব্রহ্ম অসিদি অণ্ডকপগী মশক ওইববা, খল্লফমসু থোকত্রবা, মফম-মতম পুম্বদা চপ মান্নবা মওংদা চংহনা লৈরবা, ফোংদোকপা য়াদ্রবা, অমদি অরৈবা লৈতবাপুম্বনা মহাক্কী মশক ওইরিবা খুাইমক্কুগী কুপ্লবা আদি কারণ ওইনা লৈবিবনি ॥ ৩১ ॥ হাযবিবা অণ্ড (মকম) অসিদা ঐশ্বর্য্যনা তিল্লবা পিতামহ, দেবতাপুম্বগী অথোইবা, প্রলয ফাওবা লেংদনা হোংদনা লৈববা খৱাইদগী শিংলবা, জগৎ শেম্বা মপু অমদি খৱাইদগী অৱাংবদা লৈববা প্রজাপতি ব্রহ্মা পোকখি ॥ ৩২ ॥ ব্রহ্মানী মচা দক্ষগী মচা তরেৎ পোকখি। মচা তরৎ অদুগী অমুক প্রজাপতি কুনগা মাপ্যোই পোকখি ॥ ৩৩ ॥ ঋষি পুন্নমক্লা মহাকপু খংফম থোকত্রবা পুরুষনি হাযনরিব মওোন্দগী বিশ্বেদেব তবা, আদিত্য তরানিথোই, বসু মখল নিপাল অশ্বিনীকুমার অনি, অদুদগী যক্ষ, সাধ্য, পিশাচ, গুহ্যকশিং, পিতৃ-লোকশিং মাম অমদি জ্ঞান লৈরবা, শাস্ত্রগী মতুং ইন্না চংলবা অথোই অপোইবা ব্রহ্মর্ষিশিং মথং মথং পোকখি ॥ ৩৪-৩৫ ॥ অয়াম্বা গুণনা তিল্লবা রাজর্ষি মযাম, মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, আকাশ মাইকৈ তরা, চহী, থা,ঋতু, পক্ষ, অহিং নুংথিল নচিংবা পুন্নমক অসি পোকখি। অসি নত্তবা হেক উরিবা লেংঙি-পাল্লিবা পুম্বসি অণ্ড অদুগী মনুংদা লৈরিবা পুরুষ অদুদগী মথং মথং পোকখিবা ঙাক্লি। মতুম অদুদা থোকখিবা জীবপুম্বনা মমিংমক্লা উনখিবনি ॥ ৩৬-৩৭ ॥)

যদিদং দৃশ্যতে কিঞ্চিদ্ভূতং স্থাবরজঙ্গমম্ । পুনঃ সংক্ষিপ্যতে সর্ব্বং জগৎ প্রাপ্তে যুগক্ষয়ে ॥ ৩৮ ॥
যথার্ত্তাবৃতুলিঙ্গানি নানারূপাণি পর্য্যয়ে । দৃশ্যন্তে তানি তান্যেব তথা ভাবা যুগাদিষু ॥ ৩৯ ॥
এবমেতদনাদ্যন্তং ভূতসংহারকারকম্ । অনাদিনিধনং লোকে চক্রং সম্পরিবর্ত্ততে ॥ ৪০ ॥
ত্রয়স্ত্রিংশৎ সহস্রাণি ত্রয়স্ত্রিংশচ্ছতানি চ । ত্রয়স্ত্রিংশচ্চ দেবানাং সৃষ্টিঃ সংক্ষেপলক্ষণা ॥ ৪১ ॥
দিবঃ পুত্রো বৃহদ্ভানুশ্চক্ষুরাত্মা বিভাবসুঃ । সবিতা স ঋচীকোঽর্কো ভানুরাশাবহো রবিঃ ॥ ৪২ ॥
পুত্রা বিবস্বতঃ সর্ব্বে মহ্যস্তেষাং তথাবরঃ । দেবভ্রাট্ তনয়স্তস্য সুভ্রাডিতি ততঃ স্মৃতঃ ॥ ৪৩ ॥
সুভ্রাজস্তু ত্রয়ঃ পুত্রাঃ প্রজাবন্তো বহুশ্রুতাঃ । দশজ্যোতিঃ শতজ্যোতিঃ সহস্রজ্যোতিরেব চ ॥ ৪৪ ॥
দশ পুত্রসহস্রাণি দশজ্যোতের্মহাত্মনঃ । ততো দশগুণাশ্চান্যে শতজ্যোতেরিহাত্মজাঃ ॥ ৪৫ ॥
ভূয়স্ততো দশগুণাঃ সহস্রজ্যোতিষঃ সুতাঃ । তেভ্যোঽয়ং কুরুবংশশ্চ যদূনাং ভরতস্য চ ॥ ৪৬ ॥
যযাতীক্ষ্বাকুবংশশ্চ রাজর্ষীণাঞ্চ সর্ব্বশঃ । সম্ভূতা বহবো বংশা ভূতসর্গাঃ সুবিস্তরাঃ ॥ ৪৭ ॥
ভূতস্থানানি সর্ব্বাণি রহস্যং ত্রিবিধঞ্চ যৎ । বেদা যোগঃ সবিজ্ঞানো ধর্ম্মোঽর্থঃ কাম এব চ ॥ ৪৮ ॥

---

( হেক উবিবা অচৎ চত্ত লৈবিবা পূম্বসে প্রলয়গী মতমদা অমুক হায়রিবা পুরুষ অসিদা থুপখিগদৌবিবনি ।৩৮। তোঙাল তোঙালবা ঋতু অমমম ওকপদা হায় হান্নগী লৈ-শূনচিংবা থূদমশিং অহু অতুম মউবা অম্মগুম্না, যুগ অমমম হেক হেক ওল্লকপদা পোৎ পুন্নমক অসিগী কান্ন হান্নগী অবস্থা অহু অতম মউই ॥৩৯॥ অহৌবা অরোইব নাইদ্রবা অমদি হেক উবিব লেংঙি-পাল্লিবা পূম্বসিবু শেম্লিবা থুগাইরিবা চক্র অসে হৌজিক ফাওবা অসুম্মক জগৎ-সংসার অসিদা অতৎ-অথম নাইদনা লৈহনা লাকলিবসিনি ॥ ৪০ ॥ অসিগী মতুংদা দেবতা লিশিং কুন্থ্রা হুমদোইগা চামা কুন্থ্রাহুমদোইগা কুন্থ্রাহুমদোই হায়বদি লাই কোটি কুন্থ্রাহুমদোই পোকখি, জগৎকী সৃষ্টিগী ক্রম অসি শনপৎনা হায়জববনি ॥ ৪১ ॥ দ্যৌ কৌবী লাইবেম্বীগী গর্ভদা বৃহদ্ভানু, চক্ষু আত্মা, বিভাবসু, সবিতা, ঋচীক, অর্ক, ভানু, আশাবহ অমদি রবি কৌবা মচা তবা পোকখি ॥ ৪২ ॥ পুম্নমক অসি ব্রহ্মাগী মচামক্তনি, মখোইগী মনুংদা খ্বাইগী অতোনবদি মনু নি । মহাগী মচানা দেবভ্রাট, দেবভ্রাটকী মচানা সুভ্রাট পোকখি ॥ ৪৩ ॥ সুভ্রাটকী মচা অহুম পোকখি, মখোইগী মমিংদি দশজ্যোতি, শতজ্যোতি অমদি সহস্রজ্যোতি কৌই। মখোয় অসিগী অমমমগী অমুক মচাশিং যাম্না পোকখি, মখোয় অহু যাম্না জ্ঞানী ওইবগাক্তনি ।৪৪॥ মহাত্মা ওইববা দশজ্যোতি মচা লিশিং তরা পোকখি অদুগা শতজ্যোতিগীসু মাসিদগী শরুক তরা হেন্না মচা মযাম পোকখি ॥৪৫॥ অদুগা সহস্রজ্যোতিগী মচাশিংনা শতজ্যোতিগী মচাশিংগী শরুক তরা হেন্না অমুক পোকখি হায়বিরাশিং অসিদগী কুরু-বংশ, যদুবংশ, ভরতবংশ, যযাতিবংশ, ইক্ষ্বাকুবংশ, অসুম্ন রাজর্ষিবংশ পুম্নমক মথং মগং পোকখিবনি, অসি নত্তনা শা-উচেকনচিংবা জীবপুম্বগী সৃষ্টি ওইখিবনি ।৪৬-৪৭ ॥ )

গ্রাম, নগর অমদি লম্হাং-লম্পাকনচিংবা জীব পুম্বগী লৈফম অদুগা মী অমবু হাৎপা, ডাওহনবা, সুমহৎপা, মথাপোনহনবনচিংবগী থুপখ্রব তান্ত্রিক-শাস্ত্রপূম্বা, বেদমাব, যোগশাস্ত্র, শিল্পবিদ্যা, ধর্ম্ম, অর্থ কাম পোক্লনবা ধর্ম্মশাস্ত্র মযাম, অর্থশাস্ত্র, রাজনীতি অমসুং সমাজ শেম্নগী নীতিশাস্ত্রনচিংবা লৌকিক শাস্ত্র পুম্নমক অসি বেদব্যাসনা যোগ সাধনগী পাঙ্গৈনা লৌইনা শংখি ॥ ৪৮-৪৯ ॥

ধর্ম্মার্থকামযুক্তানি শাস্ত্রাণি বিবিধানি চ। লোকযাত্রাবিধানঞ্চ সর্ব্বং তদ্দৃষ্টবানৃষিঃ ॥ ৪৯ ॥
ইতিহাসাঃ সহব্যাখ্যা বিবিধাঃ শ্রুতয়োঽপি চ। ইহ সর্ব্বমনুক্রান্তমুক্তং গ্রন্থস্য লক্ষণম্ ॥ ৫০ ॥
বিস্তীর্য্যৈতন্মহজ্জ্ঞানমৃষিঃ সংক্ষিপ্য চাব্রবীৎ। ইষ্টং হি বিদুষাং লোকে সমাসব্যাসধারণম্ ॥৫১॥
মন্বাদি ভারতং কেচিদাস্তীকাদি তথাপরে। তথোপরিচরাদন্যে বিপ্রাঃ সম্যগধীয়তে ॥৫২॥
বিবিধং সংহিতাজ্ঞানং দীপয়ন্তি মনীষিণঃ। ব্যাখ্যাতুং কুশলাঃ কেচিদ্গ্রন্থং ধারয়িতুং পরে ॥৫৩॥
তপসা ব্রহ্মচর্য্যেণ ব্যস্য বেদং সনাতনম্। ইতিহাসমিমং চক্রে পুণ্যং সত্যবতীসুতঃ ॥৫৪॥
পরাশরাত্মজো বিদ্বান্ ব্রহ্মর্ষিঃ সংশিতব্রতঃ। মাতুর্নিয়োগাদ্ধর্ম্মাত্মা গাঙ্গেয়স্য চ ধীমতঃ ॥৫৫ ॥
ক্ষেত্রে বিচিত্রবীর্য্যস্য কৃষ্ণদ্বৈপায়নঃ পুরা। ত্রীনগ্নীনিব কৌরব্যান্ জনয়ামাস বীর্য্যবান্ ॥ ৫৬ ॥ (যুগ্মকম্)
উৎপাদ্য ধৃতরাষ্ট্রঞ্চ পাণ্ডুং বিদুরমেব চ। জগাম তপসে ধীমান্ পুনরেবাশ্রমং প্রতি ॥ ৫৭ ॥
তেষু জাতেষু বৃদ্ধেষু গতেষু পরমাং গতিম্। অব্রবীদ্ভারতং লোকে মানুষেঽস্মিন্মহানৃষিঃ ॥ ৫৮ ॥
জনমেজয়েন পৃষ্টঃ সন্ ব্রাহ্মণৈশ্চ সহস্রশঃ। শশাস শিষ্যমাসীনং বৈশম্পায়নমন্তিকে ॥৫৯॥

---

ইতিহাস পুরাণ অমসুং ব্যাখ্যাগা লোয়নববা শ্রুতি মখল মখলনচিংবা পুম্নমক অদু হায়বিব মহাভারত কৌবা গ্রন্থদা মথং মনাও কাযদনা বেদব্যাসনা ইখ্রবনি অদুগা গ্রন্থমক্কী লক্ষণসু মুন্না হায়খববনি ॥ ৫০ ॥ মহর্ষি বেদব্যাসনা জ্ঞান পূম্বগী পোক্রফম ওইববা মহাভারত কৌবা পুরাণবু সম্পৎনা অমদি কোইনা শন্দোক্রসু ইখ্রবনি। মবমদি সম্পৎনা অমসুং শন্দোক্লা অভ্যাস তৌবা হায়বসি পণ্ডিতনা পাম্নরিবনি ॥ ৫১ ॥ কনাগুম্বা পণ্ডিতশিংনা "নারায়ণংনমস্কৃত্য" না মঙ্গলাচরণ হৌত্বনা কনা কনাগুম্বনা আস্তীকক্কা উপাখ্যানদগী অহৌগা কনা কনাগুম্বা অতোপপনা নিংথৌ উপরিচরগী মতাংদগী মঙ্গলাচরণ হৌত্বনা মহাভারত লীবা অমদি পাঠ তৌবা হৌই ॥ ৫২ ॥ ব্যাখ্যা তৌবা হৈবা কনা কনাগুম্বা ব্যাখ্যা তৌবা হৈরবা জ্ঞানীপণ্ডিতশিংনা তোঙান তোঙানবা মওংদা মহাভারতকী সংহিতাজ্ঞানবু ফোংদোকই অহৌগা কনা কনাগুম্বা অতোপ্পশিংনা চুম্নগী শ্লোকাবলীবু মচিন্দা পুদুনা শন্দোক্রবা হোৎনৈ ॥ ৫৩ ॥ তপস্যা অমদি ব্রহ্মচার্য্যগী পাম্বৈনা অমতা ওইবা লেংদ্রবা বেদবু শকক কযা থোক্লা খাইদোক্লগা মহাভারত কৌবা পুণ্য চেল্লবা ইতিহাস অসিবু লেংখিবনি। ৫৪ ॥ পরাশর মুনিগী মচা, জ্ঞান লৈববা, ব্রহ্মর্ষি ওইববা, ধর্ম্ম চেল্লবা, বীর্য্য লৈববা ব্যাসনা মমা সত্যবতী অমদি জ্ঞানী ওইরবা ভীষ্মনা হায়বা মতুংইন্না বিচিত্রবীর্য্যগী ভার্য্যাদা, দক্ষিণাগ্নি, গার্হ্যপত্য অমদি আহ্বনীয় কৌবা মৈ অহুমগী মতোংগুম্বা মচা অহুম পোকখি। ৫৫—৫৬ ॥ ধৃতরাষ্ট্র, পাণ্ডু, অমদি বিদুর কৌবা মচা অহুম পোক্লমলগা বেদব্যাসনা অমুকহন্না তপস্যা তৌগে হায়দুনা আশ্রমদা চৎখি ॥ ৫৭ ॥ হায়রিবা মচা অহুম অসিনা অহল ওইরকলবা অমদি নোংগাখ্রবদা মর্ত্তলোক অসিদা মহাভারত কৌবা ইতিহাস অসিবু ইদুনা শন্দোকখি॥ ৫৮ ॥

নিংথৌ জনমেজয়না অমদি ব্রাহ্মণশিংনা লিশিংলক হংলবদুদা বেদব্যাসনা মহাক্কী মনাক্তা ফম্লিবা বৈশম্পায়ন কৌবা শিষ্যদা লীযূ হায়না যাথং পীখি ॥ ৫৯ ॥

স সদস্যৈঃ সহাসীনং শ্রাবয়ামাস ভারতম্ । কর্ম্মান্তরেষু যজ্ঞস্য চোদ্যমানঃ পুনঃ পুনঃ ॥৬০॥
বিস্তারং কুরুবংশস্য গান্ধার্য্যা ধর্ম্মশীলতাম্ । ক্ষত্তুঃ প্রজ্ঞাং ধৃতিং কুন্ত্যাঃ সম্যগ্দ্বৈপায়নোঽব্রবীৎ ॥৬১॥
বাসুদেবস্য মাহাত্ম্যং পাণ্ডবানাঞ্চ সত্যতাম্ । দুর্বৃত্তং ধার্ত্তরাষ্ট্রাণামুক্তবান্ ভগবানৃষিঃ ॥৬২॥
ইদং শতসহস্রন্তু শ্লোকানাং পুণ্যকর্ম্মণাম্ । উপাখ্যানৈঃ সহ জ্ঞেয়ং শ্রাব্যং ভারতমুত্তমম্ ॥৬৩॥
চতুর্বিংশতিসাহস্রীং চক্রে ভারতসংহিতাম্ । উপাখ্যানৈর্বিনা তাবদ্ভারতং প্রোচ্যতে বুধৈঃ ॥৬৪॥
ততোঽধ্যর্দ্ধশতং ভূয়ঃ সংক্ষেপং কৃতবানৃষিঃ । অনুক্রমণিকাধ্যায়ং বৃত্তান্তং সর্বপর্ব্বণাম্ ॥৬৫॥
ইদং দ্বৈপায়নঃ পূর্ব্বং পুত্রমধ্যাপয়চ্ছুকম্ । ততোঽন্যেভ্যোঽনুরূপেভ্যঃ শিষ্যেভ্যঃ প্রদদৌ প্রভুঃ ॥৬৬॥
ষষ্টিং শতসহস্রাণি চকারান্যাং স সংহিতাম্ । ত্রিংশচ্ছতসহস্রঞ্চ দেবলোকে প্রতিষ্ঠিতম্ ॥৬৭॥
পিত্র্যে পঞ্চদশ প্রোক্তং গন্ধর্ব্বেষু চতুর্দ্দশ । একং শতসহস্রন্তু মানুষেষু প্রতিষ্ঠিতম্ ॥৬৮॥
নারদোঽশ্রাবয়দ্দেবান্ অসিতো দেবলঃ পিতৄন্ । গন্ধর্বযক্ষরক্ষাংসি শ্রাবয়ামাস বৈ শুকঃ ॥৬৯॥
অস্মিংস্তু মানুষে লোকে বৈশম্পায়ন উক্তবান্ । শিষ্যো ব্যাসস্য ধর্ম্মাত্মা সর্ববেদবিদাং বরঃ ।
একং শতসহস্রন্তু ময়োক্তং বৈ নিবোধত ॥৭০॥

---

লিলগী যজ্ঞগী পূর্ণাহুতি ওইববদা, মযাম্না কম্না হাযজিল্লক্রবদা, মহাক্কী সদস্যশিংগা লোয়ননা ফমত্তুনা লৈবিবা জনমেজযগী মফমদা বৈশম্পাযননা ইতিহাস অসিবু মযামদা তাহনখি ॥৬০॥ কুরুবংশগী মথং মথং ওইবকপা, গান্ধাবীগী ধর্ম্ম চেনবা, বিদুরগী লৌশিং অমদি কুন্তীগী থাং- হৈবা গুণ থিবিকপু মক্ক ওইনা ব্বারীগী মওংদা বেদব্যাসনা লেংখিবনি ॥ ৬১ ॥ মতিক মগুণ চাওরবা বেদব্যাসনা মুনিনা শ্রীকৃষ্ণগী মাহাত্ম্য, পাণ্ডবশিংগী সত্য-ভাকপা, অমদি দুর্য্যোধন নচিংবশিংগী ফত্তবা লমচৎ অদুগা মাদুগী মহৈ পুম্বা মক্ক ওইনা লোকতা শন্দোকখি ॥ ৬২ ॥ পুণ্য পোকহনবা ওল্লবা শ্লোকলিশিং চামনা সম্পূর্ণ ওইবা ভারত কৌবা অ্যংইবা পুবাণ অসিবু ব্বারীশিংগা লোয়ননা তমত্তুনা খংগদবনি অমদি অতোপ্পদা তাহনগদবনি ॥ ৬৩ ॥ বেদব্যাসনা ব্বারী মচা মচাখিবিক যাওহন্দনা মহাভারতকী সংহিতাবু শ্লোক লিশিং কুনমবিতনা লেংখি। মাদুতবু পণ্ডিতশিংনা অশেংবা মহাভারতনি হায়না খংনৈ ॥ ৬৪ ॥ অদুদগী অমুকস্থু বেদব্যাসনা পর্ব্ব পুম্নমকপু যাম্না শমনা অশম্বা ব্বারীগী মওং ওইনা শ্লোক চাময়াংখৈতনা ক্রম কাযদবা অধ্যায মচাশিং খরতনা ভারতপু লেংখি ॥ ৬৫ ॥ অহানবদা ইতিহাস অসিবু বেদব্যাসনা মচা শুকদেবদা তম্বিখি। অদুদগী মতিক চাবা চাবা শিষ্যশিংগী মফমদা মথং মথং য়েম্থোক্লখি ॥ ৬৬ ॥ বেদব্যাসনা অমুকস্থু শ্লোক লখা হুম্ফুনা অতোপ্পা সংহিতা অম ইখি। মাদুগী মনুংদা লখা কুন্থরানা দেবলোকতা, লখা তর্‌া মঙানা পিতৃলোকতা; লখা তরামরিনা গন্ধর্ব্ব লোকতা অদুগা লখা অমনা মর্ত্ত্যলোক অসিদা লৈরি ॥৬৭-৬৮॥ নারদনা লাইমশিংদা খিবিক্তা, অসিত, দেবলনা পিতৃলোকতা অদুগা শুকদেবনা গন্ধর্ব্ব, যক্ষ-রক্ষসিংদা তাহনখি ॥ ৬৯ ॥ মর্ত্ত্যলোক অসিদা বেদ ব্যাসনা মাগী শিষ্য ধর্ম্ম চেল্লবা, বেদ খংবগী মনুংদা অথোইবা, বৈশম্পায়নদা শ্লোক লখানা লেংবা ইতিহাস অসিবু লীদুনা তম্বিখি, সৌতি ঐনস্থু ওসি মযামদা লীহনবোরিবনি তাবিযু ॥ ৭০ দুর্য্যোধননা অশাওবগী মশক

দুর্যোধনো মন্যুময়ো মহাদ্রুমঃ, স্কন্ধঃ কর্ণঃ, শকুনিস্তস্য শাখাঃ।
দুঃশাসনঃ পুষ্পফলে সমৃদ্ধে, মূলং রাজা ধৃতরাষ্ট্রোঽমনীষী ॥৭১॥
যুধিষ্ঠিরো ধর্ম্মময়ো মহাদ্রুমঃ, স্কন্ধোঽর্জ্জুনো ভীমসেনোঽস্য শাখাঃ।
মাদ্রীসুতৌ পুষ্পফলে সমৃদ্ধে, মূলং কৃষ্ণো ব্রহ্ম চ ব্রাহ্মণাশ্চ ॥৭২॥
পাণ্ডুর্জিত্বা বহূন্ দেশান্ যুধা বিক্রমণেন চ। অরণ্যে মৃগয়াশীলো ন্যবসৎ সজনস্তথা ॥৭৩॥
মৃগব্যবায়নিধনাৎ কৃচ্ছ্রাং প্রাপ স আপদম্। জন্মপ্রভৃতি পার্থানাং তত্রাচারবিধিক্রমঃ ॥৭৪॥
মাত্রোরভ্যুপপত্তিশ্চ ধর্ম্মোপনিষদং প্রতি। ধর্ম্মস্য বায়োঃ শক্রস্য দেবয়োশ্চ তথাশ্বিনোঃ ॥৭৫॥
তাপসৈঃ সহ সংবৃদ্ধা মাতৃভ্যাং পরিরক্ষিতাঃ। মেধ্যারণ্যেষু পুণ্যেষু মহতামাশ্রমেষু চ ॥৭৬॥
ঋষিভিশ্চ তদানীতা ধার্ত্তরাষ্ট্রান্ প্রতি স্বয়ম্। শিশবশ্চাভিরূপাশ্চ জটিলা ব্রহ্মচারিণঃ ॥৭৭॥
পুত্রাশ্চ ভ্রাতরশ্চেমে শিষ্যাশ্চ সুহৃদশ্চ বঃ। পাণ্ডবা এত ইত্যুক্ত্বা মুনয়োঽন্তর্হিতাস্ততঃ ॥৭৮॥
তাংস্তৈর্নিবেদিতান্ দৃষ্ট্বা পাণ্ডবান্ কৌরবাস্তদা। শিষ্টাশ্চ বর্ণাঃ পৌরা যে তে হর্ষাচ্চুক্রুশুর্ভৃশম্ ॥৭৯॥
আহুঃ কেচিন্ন তস্যৈতে তস্যৈতে ইতি চাপরে। যদা চিরমৃতঃ পাণ্ডুঃ কথং তস্যেতি চাপরে ॥৮০॥

---

ওইরবা অচৌবা উপাম্বী অমগুম লৈরম্মি। কর্ণনা অচৌবা মশা তানিগী কারক অদুনি। শকুনিনা মশা ওইরম্মি। দুঃশাসননা পাম্বী অদুগী মপান অমদি মহৈনি উজ্রাও অসিগী হৌরকফম মকদি নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রনা ওইরম্মি ॥ ৭১ ॥ যুধিষ্ঠিরনা ধর্ম্মগী মশক ওইবা চাওরবা উপাম্বীনি; অর্জ্জুননা উপাম্বীগী মশা অচৌবা অনিগী লোনফম অহনি। ভীমসেননা উশানি, নকুল সহদেব অনিনা মবেক চুম্নবা মপান মহৈনি। উপাম্বী অসিগী মকদি সগুণ অমদি সাকারব্রহ্ম ওইবা কৃষ্ণগা অমদি ব্রাহ্মণ শিংগনা ওইরম্মি ॥ ৭২ ॥ পাণ্ডুনা মশা মথন্তগী মপাঙ্গল মথৌনানা দেশ অযাম্বা জয় তৌবরা তুংদা পরিবারগা লোয়নননা মতম অযাম্বা বনদা মৃগয়া চৎতুনা লৈখি ॥ ৭৩ ॥ শজি লাব অমোম উনবিৎদা, শজি লাবগী মশক লৌদুনা শান্নবম্বা মুনি অদুবু হাৎলুবদগী পাণ্ডু নিংথৌগী অৱাবা দশা তাখি। পোক্‌পদগী হৌনা পঞ্চপাণ্ডবকী হৌনবী জাতকর্ম্মনা চিংবা বন অদুদা অদুম্মক তৌখ্রবনি ॥ ৭৪ ॥ ধর্ম্ম (যম) বায়ু ইন্দ্র, অমদি অশ্বিনী কুমার অনিবু আকর্ষণ তৌনবা মন্ত্র থীযু হাযনা পাণ্ডুনা কুন্তী মাদ্রী অনিদা যাথং পীখি ॥৭৫॥ কুন্তী মাদ্রী মমা অনিনা যোকতুনা পাণ্ডবশিং অদু মুনিশিংগী শেংলবা তপোবনদা অমদি আশ্রমদা মুনি মচাশিংগা লোয়নদুনা বনদা অদুম চাওখি ॥ ৭৬ ॥ নোংম মুনিশিংনা দুর্য্যোধননচিংবা ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংগী মফমদা ব্রহ্মচারী ওইরিবা, জটাপুরিবা, শাওং শাদা ফজরবা পাণ্ডুগী মচা অচাংশিং অদুবু পুদুনা চৎলুই ॥ ৭৭ ॥ মখোয় অসে পাণ্ডুগী মচা মক্তনি, ধৃতরাষ্ট্রগীদি মচা শাক্তি, দুর্য্যোধননচিংবগীদি মচিন মনাও মক্তনি, মখোয়বু ৱারক ৱাতেম্বিদুনা য়োক্কদবনি অদুম হায়রম্মগা মুনিশিং অদু থুনা চৎখ্রে ॥ ৭৮ ॥ মুনিশিংনা তাক্লম্বদগী পাণ্ডুগী মচানি হায়বা খংলদুনা অমদি অচাংশিং অদুবু উরদুনা কুরুশাগৈ অয়াম্বনা অমদি প্রজাশিংনা নুংঙাইবনা পূমনিন নিম্নরকলে, নুংঙাইবা খোঞ্জেল্লা লাওনরকলে ॥৭৯॥ কনা কনাগুম্বনা মখোয় অসি পাণ্ডুগী মচা নত্তে হায়, কনানা মানি হায়; পাণ্ডুদি শিবা কুইখ্রবনি

স্বাগতং সর্ব্বথা দিষ্ট্যা পাণ্ডোঃ পশ্যাম সন্ততিম্। উচ্যতাং স্বাগতমিতি বাচোঽশ্রূয়ন্ত সর্ব্বশঃ ॥৮১॥
তস্মিন্নুপরতে শব্দে দিশঃ সর্ব্বা নিনাদয়ন্। অন্তর্হিতানাং ভূতানাং নিস্বনস্তুমুলোঽভবৎ ॥৮২॥
পুষ্পবৃষ্টিঃ শুভা গন্ধাঃ শঙ্খদুন্দুভিনিস্বনাঃ। আসন্ প্রবেশে পার্থানাং তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥৮৩॥
তৎপ্রীত্যা চৈব সর্ব্বেষাং পৌরাণাং হর্ষসম্ভবঃ। শব্দ আসীন্মহাংস্তত্র দিবস্পৃক্ কীর্ত্তিবর্দ্ধনঃ ॥৮৪॥
তেঽধীত্য নিখিলান্ বেদান্ শাস্ত্রাণি বিবিধানি চ। ন্যবসন্ পাণ্ডবাস্তত্র পূজিতা অকুতোভয়াঃ ॥৮৫॥
যুধিষ্ঠিরস্য শৌচেন প্রীতাঃ প্রকৃতয়োঽভবন্। ধৃত্যা চ ভীমসেনস্য বিক্রমেণার্জ্জুনস্য চ ॥৮৬॥
গুরুশুশ্রূষয়া কুন্ত্যা যময়োর্বিনয়েন চ। তুতোষ লোকঃ সকলস্তেষাং শৌর্য্যগুণেন চ ॥৮৭॥
সমবায়ে ততো রাজ্ঞাং কন্যাং ভর্ত্তৃস্বয়ংবরাম্। প্রাপ্তবানর্জ্জুনঃ কৃষ্ণাং কৃত্বা কর্ম্ম সুদুষ্করম্ ॥৮৮॥
ততঃ প্রভৃতি লোকেঽস্মিন্ পূজ্যঃ সর্ব্বধনুষ্মতাম্। আদিত্য ইব দুষ্প্রেক্ষ্যঃ সমরেষ্বপি চাভবৎ ॥৮৯॥
স সর্ব্বান্ পার্থিবান্ জিত্বা সর্ব্বাংশ্চ মহতো গণান্। আজহারার্জ্জুনো রাজ্ঞো রাজসূয়ং মহাক্রতুম্ ॥৯০॥
অন্নবান্ দক্ষিণাবাংশ্চ সর্বৈঃ সমুদিতো গুণৈঃ। যুধিষ্ঠিরেণ সম্প্রাপ্তো রাজসূয়ো মহাক্রতুঃ ॥৯১॥

---

করমনা মখোযবু পোক্লম্লিবনো অসুম হায়না অতোপ্পা কাংবু অমনা ঙাংনখি ॥ ৮০ ॥ "লাইগী নোংদমদগী পাণ্ডুগী মচাশিংবু ঐখোযনা উবা ফংলবনি। অঙাংশা! নখোযনা অসিদা লাকপসিদি সুংঙাইনা হবাও হবাওনা লাক্লিবনিদনা?" হায়না কনা কনাগুম্বনা হার্বখি। অদুগা "অঙাংশা! নখোযনা লাক্লিবসি ঐখোযগী সুঙাইননবগীদমক্লিকো" অসুম হায়নসু কনা কনাগুম্বনা ঙাংনবসি অযাম্বনা তানখি ॥ ৮১ ॥ মযামগী অমগা অমগা ঙাংনরকপা পুমনিন নিনবা খোঞ্জেল অদুনা লেপনখ্রবদা মশক উহন্দনা দেবতাশিংনা মাইকৈ মবিদগী লাওনরকপা খোঞ্জেল্লা অঙকপা ফংখি ॥ ৮২ ॥ যুধিষ্ঠিরনা চিংবা পাণ্ডুগী মচাশিংনা কোন্নুংদা হেক চংলকপা কালদা আকাশদগী লৈগী নোং চুখি, সুংশিরবা মনম লাকখি, মোইবুংগী অমদি দুন্দুভিগী খোঞ্জেল তাখি। মযামগী মফমদা অঙকপা ওইনা থোকখি ॥ ৮৩ ॥ পাণ্ডবশিংবু সুংশিবনা পুববাসীশিংগী থোইদোক্লা সুংঙাইবা ওইখি। পাণ্ডু মচাশিংগী মিংচৎ চাওখৎনবা ওইব অতিযা ফাওনা নিল্লবা খোঞ্জেল্লা শিন্নুংখি ॥ ৮৪ ॥ পাণ্ডুগী মচাশিং অসিনা বেদপুম্বা অমদি মখল মখল অযাম্বা শাস্ত্র তমদুনা মীপুম্নমক্লা লুনা তৌনা তৌনা, নীংঙাইব লৈতনা কোন্নুংদা নুঙাইনা লৈখি ॥ ৮৫ ॥ যুধিষ্ঠিবগী পুকনিং হকচাং তশেং তশেংবা, ভীমসেনগী খাংহৈবা, অমদি অর্জ্জুনগী মপোনা উবদা প্রজাশিংনা থোইনা সুংঙাইখি ॥ ৮৬ ॥ কুন্তীগী গুরু সেবা, নকুল সহদেব অনিগী মপুকচেল তপপা নোল্লকপা অমদি যুধিষ্ঠিবনচিংবা পাণ্ডু মচা মঙাগী কনখোব গুণ উবদা মীপুম্নমক ইপেন্দ পেনখ্রে ॥ ৮৭ ॥ অর্জ্জুননা নিংথৌশিংগী মবক্তা অতৈনা তৌঙমদবা কর্ম্ম তৌদুনা মপুরোইববু মশানা খঞ্জবী দ্রৌপদীবু ফংখি ॥ ৮৮ ॥ অদুদগী হৌনা লোক অসিদা খুৎলাই পাযব পুম্বনা লুনা কিনা তৌনফম ওইবা অর্জ্জুননা লানফমদা অমনা হঙ্গৎনা যেংবা ঙমদ্রবা সুমিৎকুম্ ঙানখি ॥ ৮৯ ॥ অহংগুম্বা অর্জ্জুননা নিংথৌ অযাম্বা অমদি অচৌ অচৌবা অকনবা কযা ঙমদুনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী রাজসূয যজ্ঞবু পাংথোকখি ॥ ৯০ ॥ বাসুদেবগী নিংথিববা নীতিনা অমদি ভীম

স্বনয়াদ্বাসুদেবস্য ভীমার্জ্জুনবলেন চ। ঘাতয়িত্বা জরাসন্ধং চৈদ্যঞ্চ বলগবির্বতম্ ॥ ৯২॥
দুর্য্যোধনমুপাগচ্ছন্ অর্হণানি ততস্ততঃ। মণিকাঞ্চনরত্নানি গো-হস্ত্যশ্ব-ধনানি চ ॥৯৩॥
বিচিত্রাণি চ বাসাংসি প্রবরাভরণানি চ। কম্বলাজিনরত্নানি রাঙ্কবাস্তরণানি চ ॥৯৪॥ ( যুগ্মকম্ )
সমৃদ্ধাং তাং তথা দৃষ্ট্বা পাণ্ডবানাং তদা শ্রিয়ম্। ঈর্ষ্যাসমুত্থঃ সুমহাংস্তস্য মন্যুরজায়ত ॥৯৫॥
বিমানপ্রতিমাং তত্র ময়েন সুকৃতাং সভাম্। পাণ্ডবানামুপহৃতাং স দৃষ্ট্বা পর্য্যতপ্যত ॥৯৬॥
তত্রাবহসিতশ্চাসীৎ প্রস্কন্দন্নিব সম্ভ্রমাৎ। প্রত্যক্ষং বাসুদেবস্য ভীমেনানভিজাতবৎ ॥৯৭॥
স ভোগান্ বিবিধান্ ভুঞ্জন্ রত্নানি বিবিধানি চ। কথিতো ধৃতরাষ্ট্রস্য বিবর্ণো হরিণঃ কৃশঃ ॥৯৮॥
অন্বজানাৎ ততো দ্যূতং ধৃতরাষ্ট্রঃ সুতপ্রিয়ঃ। তচ্ছ্রুত্বা বাসুদেবস্য কোপঃ সমভবন্মহান্ ॥৯৯॥
নাতিপ্রীতমনাশ্চাসীদ্বিবাদাংশ্চান্বমোদত। দ্যূতাদীননয়ান্ ঘোরান্ বিবিধাংশ্চাপ্যুপৈক্ষত ॥১০০॥
নিরস্য বিদুরং ভীষ্মং দ্রোণং শারদ্বতং কৃপম্। বিগ্রহে তুমুলে তস্মিন অহন্ ক্ষত্রং পরস্পরম্ ॥১০১॥

---

অর্জ্জুনগী মপাঙ্গন্না, মপাঙ্গল কন্নবদা নাপল তৌরবা জরাসন্ধ অমদি শিশুপালবু হাত্নুনা, অচা'থক অমদি মতিক চাবা দক্ষিণানচিংবনা মরাং কাযনা য়াওরবা অমদি গুণ পূম্বানা তিল্লবা রাজসূয় কৌবা অচৌবা যজ্ঞবু যুধিষ্ঠির মহারাজনা পাংথোকখি ॥ ৯১-৯২ ॥ মণি মুক্তা, শনা লুপা, রতন মখল, সগোল শামু, অতোপ অতোপ্পা মখলগী লল থুম, মখল মখা অযাম্বা মমল যান্নবা ফীরোল লীককোলনচিংবা লৈতেং মখল মখল, ফব ফববা ইন্নবা ফী, কৈশজীনচিংবগী মউল অমদি রঙ্কু কৌবা শঙ্গীগী মতুনা শাবা যিদা অপাক অপাকপা পোৎচৈনাচিংবা কয়া কযা দিগ্বিজয়দগী পুবক-পুবক্নুনা যজ্ঞগী পোৎচৈ পান্নরিবা দুর্য্যোধনগী মফমদা শিন্নখি ॥ ৯৩-৯৪ ॥ পাণ্ডবশিংগী চাওখৎপা অমদি মুনিং খুদিং হেঙ্গৎলন্নিবা ধন সম্পত্তি ঐশ্বর্য্যবু উরগা দুর্য্যোধনগী থম্মোইদা কল্লকপদগী অশাওবা পোকখে ॥ ৯৫ ॥ অতিয়াদা পাইবা বিমানগী মতৌগুম নিংথিরবা, ময়দানবনা পাণ্ডবশিংগী দমক্তা শাববা অচৌবা সভা মণ্ডপপু উবগা দুর্য্যোধনগী থম্মোইদা কল্লকপগী মৈনা থোইনা চাকখি ॥ ৯৬ ॥ অদুগুম্বা সভা মাগুপতা ইশিংবু বংফালগুম, বংফানবু ইশিংগুম উত্পনা খুদোংথীব যংলবা দুর্য্যোধনবু ভীমনা অচৌ-অশাং ইনাক বৈবাক খুনবা ইমুংদগী হৌবকতবা মঁচমগুম কৃষ্ণগী মমাংদা নোক্লখি ॥ ৯৭ ॥ দুর্য্যোধননা মখল মখা অযাম্বা অথুম অহাও চাত্নবসু অমদি মণি মুক্তা কয়া ফংহনসু, কল্লকপা সুংঙাইতবনা মাগী মাযথোং অদু তাইযেৎ তাই, তৌরিবা পূম্বসি ধৃতরাষ্ট্রগী মযমদা তম্মুই ॥ ৯৮ ॥ অদুগী তুংদা মচা-চাল্লবা নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রনা, মচা দুর্য্যোধননা পাণ্ডবশিংগা চৌবর শান্নগে হায়বদু য়ারে। মাস্ত তাবদা কৃষ্ণগী থোইনা অশাওবা পোকখি ॥ ৯৯ ॥ তৌরিবা, শীল্লিবা থৌদৌ অত্থদা শ্রীকৃষ্ণনা থোইনা পেনখিদে। কৌরব পাণ্ডব অনিগী মরক্তা খৎনচৈনবা থোকখিবা পুম্বা অত্থম য়ানা তাত্থনা লৈখি, নমথাক তৌহনা চৌবরনচিংবা শান্নবা, অকিবা ফত্রবা নীতি পুম্বা খংশিন্নদনা অত্থম থৌওইদনা য়েংহনা লৈখি ॥ ১০০ ॥ বিদুর, ভীষ্ম, দ্রোণ, অমদি কৃপাচার্য্যনচিংবা অহল লমন্না হায়ব পুম্বা থৌওইদবনা লাপ্পাও থোকখি, মাহদা অয়াম্বা ক্ষত্রিয় মশেল অমগা অমগা হাৎনখি ॥ ১০১ ॥ পাণ্ডবশিংনা

জয়ংশ্চ পাণ্ডুপুত্রেষু শ্রুত্বা সুমহদপ্রিয়ম্। দুর্য্যোধনমতং জ্ঞাত্বা কর্ণস্য শকুনেস্তথা ॥১০২॥
ধৃতরাষ্ট্রশ্চিরং ধ্যাত্বা সঞ্জয়ং বাক্যমব্রবীৎ। শৃণু সঞ্জয়! সর্ব্বং মে ন চাসূয়িতুমর্হসি ॥ ১০৩॥
শ্রুতবানসি মেধাবী বুদ্ধিমান্ প্রাজ্ঞসম্মতঃ। ন বিগ্রহে মম মতিঃ ন চ প্রীয়ে কুলক্ষয়ে ॥১০৪॥
ন মে বিশেষঃ পুত্রেষু স্বেষু পাণ্ডুসুতেষু বা। বৃদ্ধং মামভ্যসূয়ন্তি পুত্রা মন্যুপরায়ণাঃ ॥ ১০৫ ॥
অহং ত্বচক্ষুঃ কার্পণ্যাৎ পুত্রপ্রীত্যা সহামি তৎ। মুহ্যন্তং চানুমুহ্যামি দুর্য্যোধনমচেতনম্ ॥ ১০৬ ॥
রাজসূয়ে শ্রিয়ং দৃষ্ট্বা পাণ্ডবস্য মহৌজসঃ। তচ্চাবহসনং প্রাপ্য সভারোহণদর্শনে ॥ ১০৭ ॥
অমর্ষণঃ স্বয়ং জেতুম্ অশক্তঃ পাণ্ডবান্ রণে। নিরুৎসাহশ্চ সংপ্রাপ্তুং সুশ্রিয়ং ক্ষত্রিয়োঽপি সন্ ॥১০৮॥
গান্ধাররাজসহিতশ্ছদ্মদ্যূতমমন্ত্রয়ৎ। তত্র যদ্‌যদ্‌যথা জ্ঞাতং ময়া সঞ্জয়! তচ্ছৃণু ॥১০৯॥ ( বিশেষকম্ )
শ্রুত্বা তু মম বাক্যানি বুদ্ধিযুক্তানি তত্ত্বতঃ। ততো জ্ঞাস্যসি মাং সৌতে! প্রজ্ঞাচক্ষুষমিত্যুত ॥১১০॥

যদাশ্রৌষং ধনুরায়ম্য চিত্রং বিদ্ধং লক্ষ্যং পাতিতং বৈ পৃথিব্যাম্।
কৃষ্ণাং হৃতাং প্রেক্ষতাং সর্ব্বরাজ্ঞাং তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয়! ॥ ১১১ ॥

---

ঙশ্রবদা, থোইদোক্লা মুংভাইত্রবা পাণ্ড অসি তাবদা অদুগা দুর্য্যোধন, কর্ণ, শকুনিগী মপুক্লিংসু খংলদুনা, কুইনা মুন্না খল্লগা সঞ্জযদা ধৃতরাষ্ট্রনা হ্বা অসি হায়রকইঃ—"থৌদোক পূন্নমক তাও সঞ্জয়! নং ঐভোন্দা মুংভাইতবা তৌগনু" ॥ ১০২-১০৩ ॥ সঞ্জয়! নংদি শাস্ত্র তমলবনি, মেধা লৈববা অশিংবা মীনি, অদুনা পণ্ডিতশিং অযাম্বনা নংবু যাবিবনি। থোকখিব্রা লাল অসি ঐদি কবিমতা পামদবনি, অদুগা শাগৈ পূম্বা মুৎনবসিদা ঐগী কবিমতা মুংভাইবা লৈতবনি ॥ ১০৪ ॥ অসিনা ঐগী ইচানি, মাসিনা পাণ্ডুগী মচানি হায়বা ঐভোন্দা থোইদোকপা থেন্নবা লৈতে, অহল কল্লকপা অণাও বনা থল্লবা ইচাশিংনা ঐবু অহল ওইরবনি হায়দুনা ঐভোন্দদুম অবানবা শীরম্মি ॥ ১০৫ ॥ ঐদি ইমিংসু উদেদো, অদুনা তৌকম খংদদুনা মচা মুংশিব হায়বদুগী মথাপোন্দুনা মানা শাওবা হায়বা পূম্বা ঐনা খাংদুনা লৈখিবনি। অসি থোক্কনি খংদবা অপংবা দুর্য্যোধনসু শুক্নাদুনা লৈহৌরে, ঐসু মাবু উবদা ইঙক ঙক্কুনা লৈহৌরে ॥ ১০৬ ॥

রাজসূয় যজ্ঞদা যুধিষ্ঠিরগী ধনসম্পত্তিবু উরগা অমদি সভা-মণ্ডপতা কাখৎপা মতমদা দুর্য্যোধনগী ওইখিবা ফীবমবু উরগা ভীমনা করেম্মনা নোক্লবগী হ্বাহৈবু তারগা দুর্য্যোধননা থোইনা শাওখিদি হায়ববু পাণ্ডবশিংবু লাল তৌদুনা মায়থীবা পীবদি ঙম্মরোই খন্দুনা যাম্না মপুক্লিং য়ৈথখি। অদুনা মশামক ক্ষত্রিয় ওইদুনসু যুধিষ্ঠিরবু মথা পোলহনগে খন্দুনা শকুনিগা তান্নদুনা লৌনম তৌহনা চৌবব শান্নখিবনি। মতাং অসিদা ঐনা অদুম অদুগুম্বা ভাবতা খংখি খংখিবমখৈ হায়রক্কে। সঞ্জয়, নং মাদু মুন্না তাও ॥১০৭—১০৯॥ মসুংগী হ্বাপূম্বা খংহনা ঐনা ঐগী বুদ্ধিগা লোয়ননা হায়বিবা হ্বাশিং তাবগা, নংনা ঐবু মিৎ উদ্রবসু জ্ঞানতনা মমিৎ ওইবা মী ওইরে হায়রবসি খংগনি সঞ্জয়! ॥১১০॥ অর্জ্জুন্না লীকল্দা লীরি হাপ্পুনা অঙকপা লক্ষ্যবু কক্কুনা লৈমাইদা থাদখিবা অদুগা অকনবা নিংথৌ খিবিক্কী মাংমক্তদা

যদাশ্রৌষং দ্বারকায়াং সুভদ্রাং প্রসহ্যোঢ়াং মাধবীমর্জ্জুনেন।
ইন্দ্রপ্রস্থং বৃষ্ণিবীরৌ চ যাতৌ তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয়। ১১২ ॥
যদাশ্রৌষং দেবরাজং প্রবৃষ্টং শরৈর্দিব্যৈর্বারিতঞ্চার্জ্জুনেন।
অগ্নিং তদা তর্পিতং খাণ্ডবে চ তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ॥ ১১৩ ॥
যদাশ্রৌষং জাতুষাদ্বেশ্মনস্তান্ মুক্তান্ পার্থান্ পঞ্চ কুন্ত্যা সমেতান্।
যুক্তঞ্চৈষাং বিদুরং স্বার্থসিদ্ধৌ তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয়। ॥ ১১৪ ॥
যদাশ্রৌষং দ্রৌপদীং রঙ্গমধ্যে লক্ষ্যং ভিত্ত্বা নির্জ্জিতামর্জ্জুনেন।
শূরান্ পাঞ্চালান্ পাণ্ডবেয়াংশ্চ যুক্তান্ তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয়। ॥ ১১৫ ॥
যদাশ্রৌষং মাগধানাং বরিষ্ঠং জরাসন্ধং ক্ষত্রমধ্যে জ্বলন্তম্।
দোর্ভ্যাং হতং ভীমসেনেন গত্বা তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয়। ॥ ১১৬ ॥
যদাশ্রৌষং দিগ্ জয়ে পাণ্ডুপুত্রৈর্বশীকৃতান্ ভূমিপালান্ প্রসহ্য।
মহাক্রতুং রাজসূয়ং কৃতঞ্চ তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয়। ॥ ১১৭ ॥

---

মখোযবু মাযথীবা পীহুনা দ্রৌপদীবু পুখিবা অত্থ তাবদগী ইচাশিংনা মখোযবু ঙমগনি হাযবগী আশা অসে ঐদি ইতৌ তৌখিদবনি সঞ্জয়। ।।১১১।। সঞ্জয়। দ্বারকাদা মধু শাগৈদা পোল্লবী সুভদ্রাবু নমত্তুনা অর্জ্জুননা লুহোংখিব, বাম কৃষ্ণ অনিনা ইন্দ্রপ্রস্থদা লাকখিবা মাতু তাবদগী ইচাশিংনা মখোযবু ঙমগনি হাযবগী আশাদি ঐদি ইতৌ তৌখিদবনি ।।১১২।। দেবরাজ ইন্দ্রনা নোংগী ধাবাতনা খাণ্ডব বনদা হৌবকপা মৈবু মুৎথৎখ্রবদা অর্জ্জুননা অচকপা তেনশিংতনা নোং অত্থবু ঙাকথোক্লুনা খাণ্ডবপু চাকহন্দুনা মৈবু পেনাহল্লখি হাযব তাবদগী ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হাযবগী আশাদি ইতৌ তৌখিদবনি সঞ্জয়। ।।১১৩।। মমা কুন্তীগা লোযননা পাণ্ডব মঙানা চার্গা যুমদগী নাম্থোকতুনা চেনখিবা অমদি মাতুবু পাংগোক্লবা মনুংদা বিদুরনা শীনখিবা অত্থ তাবদগী ইচাশিনা মখোইবু ঙমগনি হাযবগী আশাদি ঐদি ইতৌ তৌখিদবনি ॥ ১১৪ ॥ সঞ্জয়। স্বয়ম্বর সভা মযাংদা অর্জ্জুননা লক্ষ্যবু কাপতুনা দ্রৌপদীবু ঙমহনা পুখিবা পাণ্ডব মঙানা কললবা পঞ্চাল দেশগী মিংথৌ মযামগা তিন্নখে, হায়না তাবা অত্থদগী ইচাশিংনা মখোয়বু ঙমগনি হাযবগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনি ॥ ১১৫ ॥
ক্ষত্রিয় শাগৈগী মনুংদা মৈগী মতৌগুম্না ঙান্দুনা লৈবিবা মগধগী অগোইবা জরাসন্ধবু ভীমসেননা চত্তুনা মপাম্বোম অনিতনা হাৎখি হাযবা তাবা অত্থদগী ইচাশিংনা মখোযবু ঙমগনি হায়বগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনি সঞ্জয়।।।১১৬।। কল্ল কল্লবা নিংথৌ অযাম্ববু মপাঙ্গন্তনা দিগবিজযগী মতমদা ঙমত্তুনা, মখা পোলহন্দুনা লোইপোৎ হাহনখিবা অমদি চাওরবা রাজসূয় যজ্ঞবু অপনবা লৈতনা পাংথোকখি হায়বা তাবা মুমিৎ অত্থদগী ইচাশিংনা মখোয়বু ঙমগনি হায়বগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনি সঞ্জয়।।১১৭।।

যদাশ্রৌষং দ্রৌপদীমশ্রুকণ্ঠীং সভাং নীতাং দুঃখিতামেকবস্ত্রাম্।
রজস্বলাং নাথবতীমনাথবৎ তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয়! ॥ ১১৮ ॥
যদাশ্রৌষং বাসসাং তত্র রাশিং সমাক্ষিপৎ কিতবো মন্দবুদ্ধিঃ।
দুঃশাসনো গতবান্নৈব চান্তং তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ॥ ১১৯ ॥
যদাশ্রৌষং হৃতরাজ্যং যুধিষ্ঠিরং পরাজিতং সৌবলেনাক্ষবত্যাম্।
অন্বাগতং ভ্রাতৃভিরপ্রমেয়ৈঃ তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয়। ॥ ১২০ ॥
যদাশ্রৌষং বিবিধাস্তত্র চেষ্টা ধর্ম্মাত্মনাং প্রস্থিতানাং বনায়।
জ্যেষ্ঠপ্রীত্যা ক্লিশ্যতাং পাণ্ডবানাং তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ॥ ১২১ ॥
যদাশ্রৌষং স্নাতকানাং সহস্রৈরন্বাগতং ধর্ম্মরাজং বনস্থম্।
ভিক্ষাভুজাং ব্রাহ্মণানাং মহাত্মনাং তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ॥ ১২২ ॥
যদাশ্রৌষমর্জ্জুনং দেবদেবং কিরাতরূপং ত্র্যম্বকং তোষ্য যুদ্ধে।
অবাপ্তবন্তং পাশুপতং মহাস্ত্রং তদানাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ॥ ১২৩ ॥
যদাশ্রৌষং ত্রিদিবস্থং ধনঞ্জয়ং শক্রাৎ সাক্ষাদ্দিব্যমস্ত্রং যথাবৎ।
অধীয়ানং শংসিতং সত্যসন্ধং তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয়। ॥ ১২৪ ॥

---

বজস্বলা ওইদুনা লৈবিবী. যীজোল অমতা ডাইরবী, মপিনা খোরী ফাওবা শিন্থরবী, ইকাইবা অবাবনা তিল্লবী অমদি মপুবোযবশিং লৈন লৈন কনাম্ব লৈত্রবীগুম দ্রোপদীবু সভা মমাংদা চিংথোকতুনা পুবকই হাযবা তাখিবা অতুদগী ইচাশিংনা মখোযবু ঙমগনি হাযবগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনি সঞ্জয! ॥ ১১৮ ॥ মপুবচেল যত্রবা, পংলবা দুঃশাসননা, সভা মযাযদা দ্রৌপদীগী মফী মুন্দুনা চিংথোকখিবা, ফীগী তবোই-অথম নাইদনা চিংথোকপনা যীতনা পৈশংতুনা লৈখিবা, অমদি ফী লোইনা চিংথোবপা ঙমখিদে হাযবা তাব অদুদগী ইচাশিংনা মখোযবু ঙমগনি হাযবগী আশাদি ঐদি- ইতৌবু তৌখিদবনিদা সঞ্জয। ॥ ১১৯ ॥ শকুনিনা নমথাক তৌবা চৌবনদা প্রমাণ লৈতনা কল্লবা মচিন মনাওশিংগা লোযননা যুধিষ্ঠিরবু ঙমদুনা মবৈপাক মুলহৌবে হাযবা তাবা অদুদগী ইচাশিংনা মখোববু ঙমগনি হাযবগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনি সঞ্জয। ॥ ১২০ ॥ ধর্ম্ম চেল্লবা যুধিষ্ঠিবনা বনদা চংখিবা ময়াম্বু মুংশিবনা বনদা ব্বানা ইন্নখিবা পাণ্ডবশিংনা বনদা তৌখি তৌখিবা থবক পূম্বা তাবদগী ইচাশিংনা মখোযবু ঙমগনি হাযবগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনি সঞ্জয়! ॥ ১২১ ॥ ভিক্ষা তৌদুনা চারিবা, মহাত্মা ওইববা, বেদশাস্ত্র পূম্বা তম্বা লোইরদুনা স্নাতক লিশিং লিশিংনা বনদা যুধিষ্ঠিবগী মতুং কোযিন ইল্লদুনা লৈখি হায়বা তাবা অদুদগী ইচাশিংনা মখোযবু ঙমগনি হাযবগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনি হে সঞ্জয় ॥ ১২২ ॥ শাদানবগী মশক লৌরবা, দেবতা পূম্বগী সু অথোইবা ওইবা, ত্রিলোচন মহাদেববু লান্দা ঙমহুনা পেল্লবা মহাদেবগী পাশুপত কৌবা অচৌবা থুংলাইবু ফংখি হায়বা তাবা অদুদগী ইচাশিংনা মখোয়বু ঙমগনি হাযবগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনি সঞ্জয়। ॥১২৩॥ ব্বাশক চেংলবা অর্জ্জুননা ইন্দ্রপুরদা চত্তুনা ইন্দ্র মশামক্তদগী নিয়ম কাযদনা স্বর্গগী ওইবা থুংলাইবু তমখিবা অমদি

যদাশ্রৌষং কালকেয়াস্ততস্তে পৌলোমানো বরদানাচ্চ দৃপ্তাঃ।
দেবৈরজেয়া নির্জ্জিতাশ্চার্জ্জুনেন তদানাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ॥ ১২৫ ॥
যদাশ্রৌষমসুরাণাং বধার্থে কিরীটিনং যাতমমিত্রকর্ষণম্।
কৃতার্থং চাপ্যাগতং শক্রলোকাৎ তদানাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ॥ ১২৬ ॥
যদাশ্রৌষং বৈশ্রবণেন সার্দ্ধং সমাগতং ভীমমন্যাংশ্চ পার্থান্।
তস্মিন্ দেশে মানুষাণামগম্যে তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয়। ॥ ১২৭ ॥
যদাশ্রৌষং ঘোষযাত্রাগতানাং বন্ধং গন্ধর্ব্বৈর্মোক্ষণং চার্জ্জুনেন।
স্বেষাং সুতানাং কর্ণবুদ্ধৌ রতানাং তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয়। ॥ ১২৮ ॥
যদাশ্রৌষং যক্ষরূপেণ ধর্ম্মং সমাগতং ধর্ম্মরাজেন সূত।
প্রশ্নান্ কাংশ্চিদ্বিব্রুবাণঞ্চ সম্যক্ তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয়। ॥ ১২৯ ॥
যদাশ্রৌষং ন বিদুর্মামকাস্তান্ প্রচ্ছন্নরূপান্ বসতঃ পাণ্ডবেয়ান্।
বিরাটরাষ্ট্রে সহ কৃষ্ণয়া তান্ তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয়। ॥ ১৩০ ॥
যদাশ্রৌষং কীচকানাং বরিষ্ঠং নিষূদিতং ভ্রাতৃশতেন সার্দ্ধম্।
দ্রৌপদ্যর্থং ভীমসেনেন সংখ্যে তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয়। ॥ ১৩১ ॥

---

মাগী মতিক মগুন, মথোনা উবদা ইন্দ্রমক্কা অর্জ্জুনবু থাগৎখি হাযবা তাবা অতুদগী ইচাশিংনা মখোয়বু ঙমগনি হাযবগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনিদা সঞ্জয। ॥ ১২৪ ॥ ব্রহ্মাগী বরদানদগী লাইমকনা ঙমফদ্রবা নাপল তৌরবা, পুলোমাগী বংশদা পোক্লবা কালকেয় কৌবা হিংচাবাশিংবু অর্জ্জুননা ঙমখি হায়বা তাবা অহুদগী ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হাযবগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনি সঞ্জয়। ॥ ১২৫ ॥ য়েক্লবা ঙম্লবা অর্জ্জুননা অসুরবু হাৎননবগীদমক ইন্দ্রপুবদা চৎখিবা অমদি মফম অহুদগী থবক মহৈ যান্দুনা হল্লকখি হাযবা তাখিবা অহুদগী ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হাযবগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনি সঞ্জয। ॥ ১২৬ ॥

মীনা যৌবা ঙমদ্রবা মফমদা ভীমগা অমদি অতৈ মচিন মনাওশিংগা কুবেরগা অমতা ওইনখি হায়বা তাব অহুদগী ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হাযবগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনি সঞ্জয। ॥১২৭ ॥ গ্রামবাসীশিংনা মাগী মাগী ঐশ্বর্য্য অমদি মথুৎমশাহৈববু পাণ্ডবশিংদা উৎকে হায়দুনা লীংখৎপা ঘোষ-যাত্রা কৌবা মেলাদা, কর্ণগী মন্নাদগী মফম অহুদা চৎলুবা ইচাশিংবু গন্ধর্বশিংনা ফাকুবদগী অর্জ্জুননা কনবিখি হাযবা তাখিবা অহুদগী ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হাযবগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনি সঞ্জয়। ॥ ১২৮ ॥ যক্ষগী মশক লৌহনা ধর্ম্মনক্কা যুধিষ্ঠিরগা তিন্নখিবা অমদি যক্ষনা প্রশ্ন কযাবু যুধিষ্ঠিরদা হংখিবা অমদি লাইনা থুমখি হাযবা তাবা অহুদগী ইচাশিংনা পাণ্ডুগী মচাশিংবু ঙমগনি হায়বগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনি সঞ্জয়। ॥ ১২৯ ॥ পাণ্ডবশিংনা দ্রৌপদীগা লোয়ননা বিরাট লৈপাক্তা চহী অম চুপনা লৈদুনা লোৎখিববু ইচাশিংনা খিবা খংখিদে হায়বা তাবা মুমিৎ অহুদগী ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হায়বগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদ্রবনি সঞ্জয়। ॥ ১৩০ ॥ দ্রৌপদীগী

যদাশ্রৌষং মামকানাং বরিষ্ঠান্ ধনঞ্জয়েনৈকরথেন ভগ্নান্ ।
বিরাটরাষ্ট্রে বসতা মহাত্মনা তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ! ॥ ১৩২ ॥
যদাশ্রৌষং সৎকৃতাং মৎস্যরাজ্ঞা সুতাং দত্তামুত্তরামর্জ্জুনায় ।
তাঞ্চার্জ্জুনঃ প্রত্যগৃহ্লাৎ সুতার্থে তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ! ॥ ১৩৩ ॥
যদাশ্রৌষং নির্জ্জিতস্যাধনস্য প্রব্রাজিতস্য স্বজনাৎ প্রচ্যুতস্য ।
অক্ষৌহিণ্যঃ সপ্ত যুধিষ্ঠিরস্য তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ! ॥ ১৩৪ ॥
যদাশ্রৌষং মাধবং বাসুদেবং সর্ব্বাত্মনা পাণ্ডবার্থে নিবিষ্টম্ ।
যস্যেমাং গাং বিক্রমমেকমাহুঃ তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ! ॥ ১৩৫ ॥
যদাশ্রৌষং নরনারায়ণৌ তৌ কৃষ্ণার্জ্জুনৌ বদতো নারদস্য ।
অহং দ্রষ্টা ব্রহ্মলোকে চ সম্যক্ তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ! ॥ ১৩৬ ॥
যদাশ্রৌষং লোকহিতায় কৃষ্ণং শমার্থিনমুপযাতং কুরূণাম্ ।
শমং কুর্ব্বাণমকৃতার্থঞ্চ যাতং তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ! ॥ ১৩৭ ॥

---

দমক্তা কীচক দেশগী অথোইবা কীচকমকপু মনাওশিং চামগা লোয়ননা ভীমসেননা লান্দা হাৎখি হাযবা তাখিবা অতুদগী ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হাযবদি ঐদি ইথাবু থাজখিদবনি সঞ্জয ! ॥১৩১॥ বিরাট লৈপাক্তা থুপ্তুনা লৈবা পুকচেল চাওববা অর্জ্জুননা অচম্বা রথ অমতদা তোংম্বনা ভীষ্ম দ্রোণনচিংবা ঐগী মীচং ওইবিবা কল্লবসিংবু মাইথীবা পীখি হাযবা তাখিবা অতুদগী ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হাযবগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনি সঞ্জয ! ॥ ১৩২ ॥ বিরাট নিংথৌনা নিংথীজরবী মচাম্বুপী উত্তরাবু লুহোংডুনা পীখি হাযবা অমদি মচা অভিমন্যুগীদমক কন্যা অদুবু অর্জ্জুননা লৌখি হাযবা তাবা অতুদগী ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হাযবগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনি সঞ্জয ! ॥ ১৩৩ ॥ চৌববদা মাযথিবা ফংদ্বনা, মকপ মপাং শাগেনাতৈবু কাযনহুনা বনদা ব্বানা চৎপ্রবা যুধিষ্ঠিরগী মীচং লাম্মীনা অক্ষৌহিণী তরেৎ শুংবে হাযবা তাখিবা মুমিৎ অতুদগী ঐগী ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হাযবগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনি সঞ্জয ! ॥ ১৩৪ ॥ মমাংঙৈদা বামন অবতারগী মতমদা পৃথিবী পুম্ববু মাগী খোং অমতগী খোংথাযম ওইডুনা বুপখিবা অদুগুম্বা বাসুদেবনা থব্বাই হকচাং অমতা ওইনা পাণ্ডবশিংগী মীচং ওইখরে হায়বা তাখিবা মুমিৎ অতুদগী ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হায়বগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদ্রবনি সঞ্জয় ! ॥ ১৩৫ ॥ "কৃষ্ণ-অর্জ্জুন অনিমক অসে থাংগৈশেংবা নরনারাযণ হায়বা ঋষি অনিদুনি মাসি ইমিৎমক্তা -উকরবনি" অসুম হাযনা নোংম নারদমক্তা তমখিব মুমিৎ অদুদগী ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হায়বগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌদবনি। ॥ ১৩৬ ॥ জগৎকী মঙ্গলগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা কুরু-পাণ্ডবশিংগা খৎনচৈনরিবসিবু খামগে হায়দ্বনা লাকখিবা অমদি খাম্বা ঙমদম্বনা থবক মহৈ য়ান্দনা হনখি হাযবা তাবা অদুদগী ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হায়বগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনি। ॥ ১৩৭ ॥

যদাশ্রৌষং কর্ণদুর্য্যোধনাভ্যাং বুদ্ধিং কৃতাং নিগ্রহে কেশবস্ত।
তত্রাত্মানং বহুধা দর্শয়ন্তং তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয়! ॥ ১৩৮ ॥
যদাশ্রৌষং বাসুদেবে প্রয়াতে রথস্যৈকামগ্রতস্তিষ্ঠমানাম্।
আর্ত্তাং পৃথাং সান্ত্বিতাং কেশবেন তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয়! ॥ ১৩৯ ॥
যদাশ্রৌষং মন্ত্রিণং বাসুদেবং তথা ভীষ্মং শান্তনবঞ্চ তেষাম্।
ভারদ্বাজঞ্চাশিষোঽনুব্রুবাণং তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয়! ॥ ১৪০ ॥
যদা কর্ণো ভীষ্মমুবাচ বাক্যং নাহং যোৎস্যে যুধ্যমানে ত্বয়ীতি।
হিত্বা সেনামপচক্রাম চাপি তদানাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয়! ॥১৪১॥
যদাশ্রৌষং বাসুদেবার্জ্জুনৌ তৌ তথা ধনুর্গাণ্ডিবমপ্রমেয়ম্।
ত্রীণ্যুগ্রবীর্য্যাণি সমাগতানি তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয়! ॥১৪২॥
যদাশ্রৌষং কশ্মলেনাভিপন্নে রথোপস্থে সীদমানেঽর্জ্জুনে বৈ।
কৃষ্ণং লোকান্ দর্শয়ানং শরীরে তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয়! ॥১৪৩॥
যদাশ্রৌষং ভীষ্মমমিত্রকর্ষণং নিঘ্নন্তমাজাবযুতং রথানাম্।
নৈষাং কশ্চিদ্বধ্যতে খ্যাতরূপস্তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয়! ॥১৪৪॥

---

কর্ণ দুর্য্যোধন অনিনা শ্রীকৃষ্ণবু ফাগে হায়বনা থৌরাংখিবা অমদি মতম অদুদা শ্রীকৃষ্ণনা মশাবু তোঙান তোঙান মওংদা পুথোকতুনা নাম্থোকখি হায়বা তাবা অদুদগী ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হায়বগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনি ॥১৩৮॥ বাসুদেবনা অসিদগী হনখিবা মতমদা, রথগী মমাংদা চোংথোক্লক্লুনা মশাগী অৱাব গিবিকপু তমখিবা কুন্তীবু বাসুদেবনা অৱাবদু শোযদনা কোক্লনবা তৌগনি হায়দুনা থেমজনখি হায়বা তাবা অদুদগী ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হায়বগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনি সঞ্জয়! ॥ ১৩৯ ॥ সঞ্জয়! শ্রীকৃষ্ণনা পাণ্ডবশিংগী মঙ্গলগীদমক মন্ত্রনা তৌরি হায়বা অমদি ইচাশিংগী মীচং ওইবা ভীষ্ম-দ্রোণমকনা মখোযদা লোন্ন আশীর্ব্বাদ তৌবি হায়বা তাবা মুমিৎ অদুদগী ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হায়বগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনি ॥ ১৪০ ॥ সঞ্জয়! ভীষ্মনা লাল হেক য়াওরিনখৈ ঐ লাল যাওরোই হাযনা কর্ণনা ঐগী ইচাশিংগী লাম্মী মপৈবু থাদোক্লুনা চৎখি হায়বা তাবা অদুদগী ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হায়বগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনি ॥ ১৪১ ॥ সঞ্জয়! বাসুদেবনে অর্জ্জুননে অমগা পান্দমনিংঙাই লৈত্রবা গাণ্ডীব কৌবা লীকংনে অহুম অসিনা তিন্নদুনা ঐগী ইচাশিংগী বিরুদ্ধদা লেপখ্রে হায়বা তাবা অদুদগী ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হায়বগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনি ॥ ১৪২ ॥ শাগৈ নাতৈ অস্তুক যাম্বসি হাৎকদবনিকো হায়বসি খল্লুবদা লাল তৌজররোই হাযনা রথ মথক্তা লাংতকননা হৈনিংদনা ফমদুনা লৈখ্রবা অর্জ্জুনগী মফমদা লোক পুম্নমক মশাগী গর্ভ মনুংদা শ্রীকৃষ্ণনা উহনখি হায়বা তাবা অদুদগী ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হায়বগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনি সঞ্জয়! ১৪৩ ॥ মুমিৎ খুদিং পাণ্ডবকী পক্ষদগী যেকন পূম্বা ভূম্নবা ভীষ্মনা লাম্মী লীশিং তরা হাৎলি হায়বা অমদি মাস্থগী মনুংদা মখোয়গী মমিং চৎলবা

যদাশ্রৌষং চাপগেয়েন সংখ্যে স্বয়ং মৃত্যুং বিহিতং ধার্ম্মিকেণ ।
তচ্চাকার্ষুঃ পাণ্ডবেয়াঃ প্রহৃষ্টাঃ তদাঃ নাশংসে বিজয়য়া সঞ্জয় ! ॥১৪৫॥
যদাশ্রৌষং ভীষ্মমত্যন্তশূরং হতং পার্থেনাহবেষ্বপ্রধৃষ্যম্ ।
শিখণ্ডিনং পুরতঃ স্থাপয়িত্বাঃ তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ! ॥১৪৬॥
যদাশ্রৌষং শরতল্পে শয়ানং বৃদ্ধং বীরং সাদিতং চিত্রপুঙ্খৈঃ ।
ভীষ্মং কৃত্বা সোমকানল্পশেষান্ তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ! ॥১৪৭॥
যদাশ্রৌষং শান্তনবে শয়ানে পানীয়ার্থে চোদিতেনার্জ্জুনেন ।
ভূমিং ভিত্বা তর্পিতং তত্র ভীষ্মং তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ! ॥১৪৮॥
যদাশ্রৌষং শুক্রসূর্য্যৌ চ যুক্তৌ কৌন্তেয়ানামনুলোমৌ জয়ায় ।
নিত্যঞ্চাস্মান্ শ্বাপদা ভীষয়ন্তি তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ! ॥১৪৯॥
যদা দ্রোণো বিবিধানস্ত্রমার্গান্ নিদর্শয়ন্ সমরে চিত্রযোধী ।
না পাণ্ডবান্ শ্রেষ্ঠতমান্ নিহন্তি তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ! ॥১৫০॥

---

ফাওববা কললবা মহারথী অমতম্ হাৎতে হাযবা তাবা অদুদগী ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হায়-বসিদি ঐদি ইথাবু থাজখিদবনি সঞ্জয় ! ॥ ১৪৪ ॥ গঙ্গাগী মচা ভীষ্মনা লালফমদা মশামক্কী শিননবা উপাযবু পাণ্ডবশিংদা তাকখিবা মাদুদা পাণ্ডবশিংনা মথৱাই মুংঙাইনা হনখিদুনা মাদু পাংথোকনবা তৌখি হাযবা তাবা অদুদগী ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হাযবগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদ-বনি সঞ্জয় ! ॥ ১৪৫ ॥

শিখণ্ডীবু মাংদা থম্নগা, অমনা ঙমফত্রবা, থোইনা কললবা ভীষ্মবু অর্জ্জুননা লালদা তুহনখ্রে হাযবা তাবা অদুদগী ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হাযবগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনি সঞ্জয় ! ॥১৪৬॥ অর্জ্জুনগী অঙকপা তেঞ্জিন-তেন্না পাললবা তেল লীশিং লীশিংনা কৃপখ্রবা, অহল ওইরবা ভীষ্মনা লোইনা হাৎকদবা খজিক্ত মঙাইরবা সোমক বংশগী কললবা লাম্মীশিংবু হাৎলম্নগা তেলগী ফমুংদা হিপখ্রে হাযবা তাবা অদুদগী ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হাযবগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনি সঞ্জয় ॥ ১৪৭ ॥

সঞ্জয় ! তেলগী ফমুংদা হিপতুনা লৈববা শান্তনুগী মচা ভীষ্মনা অর্জ্জুনগী মফমদা ইশিং থক্কে পুরকউ হায়রবা কালদা অর্জ্জুননা তেলনা লৈপ্পাক থিনগাইদুনা লৈম্নুংদগী ইশিং পুথোরক্লুনা মবুধৌবু শিরমদাইদা পেলহনখি হায়বা তাবদগী ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হায়বগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌত্রবনি ॥১৪৮॥ সঞ্জয় ! সুমিৎনা অমদি শুক্রগ্রহনা মতম অযাম্বদা পাণ্ডবশিংনা লাল হেক হেক চংলকপদা পাণ্ডবশিংগী মঙ্গলগীদমক অনুকূল ওইনা লৈ হায়বা অমদি ইচাশিংগীদি মতম অযাম্বদা লম-হুইনচিংবা হিংসা তৌবা শা ঙাতনা লাক্ক লাক্কা খোংঙি হায়বা তাবদা ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হায়বগী আশাদি তৌত্রবনি ॥১৪৯॥ অঙকপা লালশোক্ক হৈরবা দ্রোণাচার্য্যনা মখল মথা অয়াম্বা তেলনা কক্সা লাল তৌরবদা অমদি লালদা হৈবগী খুদম খমথেংনা উৎলবা ফাওবদা পাণ্ডব পক্ষগী অকনবা

যদাশ্রৌষঞ্চাশ্মদীয়ান্ মহারথান্ ব্যবস্থিতানর্জ্জুনস্থান্তকায় ।
সংশপ্তকান্নিহতানর্জ্জুনেন তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ! ॥১৫১॥
যদাশ্রৌষং ব্যূহমভেদ্যমন্যৈর্ভারদ্বাজেনাত্তশস্ত্রেণ গুপ্তম্ ।
ভিত্বা সৌভদ্রং বীরমেকং প্রবিষ্টং তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ! ॥১৫২॥
যদাভিমন্যুং পরিবার্য্য বালং সর্ব্বে হত্বা হৃষ্টরূপা বভূবুঃ ।
মহারথাঃ পার্থমশক্নুবন্তঃ তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ! ॥১৫৩॥
যদাশ্রৌষমভিমন্যুং নিহত্য হর্ষান্মূঢ়ান্ ক্রোশতো ধার্ত্তরাষ্ট্রান্ ।
ক্রোধাদুক্তং সৈন্ধবে চার্জ্জুনেন তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ! ॥১৫৪॥
যদাশ্রৌষং সৈন্ধবার্থে প্রতিজ্ঞাং প্রতিজ্ঞাতাং তদ্বধায়ার্জ্জুনেন ।
সত্যাং তীর্ণাং শত্রুমধ্যে চ তেন তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ! ॥১৫৫॥
যদাশ্রৌষং শ্রান্তহয়ে ধনঞ্জয়ে মুক্ত্বা হয়ান্ পায়য়িত্বোপবৃত্তান্ ।
পুনর্যুক্ত্বা বাসুদেবং প্রয়াতং তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ! ॥১৫৬॥
যদাশ্রৌষং বাহনেষ্বক্ষমেষু রথোপস্থে তিষ্ঠতা গাণ্ডীবেন ।
সর্ব্বান্ যোধান্ বারিতানর্জ্জুনেন তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ! ॥১৫৭॥

---

কনাবুসু হাত্রি হাযবা তাবদা ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হাযবগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌদ্রবনি সঞ্জয় ! ১৫০॥ অর্জ্জুনতবু হাৎকে হাযনা থৌবাং তৌনা লৈবিবা ঐখোযগী কল্লবা মহারথীশিংনা থল্লবা সংশপ্তক কৌবা লান্মী মপৈবু অর্জ্জুনন্দুম হাৎখ্রে হায়বা তাবসিদা ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হায়বগী আশাদি ঐদি তৌদ্রবনি সঞ্জয় ! ॥ ১৫১ ॥ মথুক্তা থূৎলাই পাযহনা ভরদ্বাজগী মচা দ্রোণাচার্য্যনা ডাক্লিবা মশামক্না শাববা অমনা থুগাইবা ঙম্মবোইদবা চক্রব্যূহবু সুভদ্রাগী মচা কল্লবা অভিমন্যুনা থুগাইদুনা ব্যূহ মনুংদা চংখ্রে হায়না তাবদগী ইচাশিংনা পাণ্ডু মচাশিংবু ঙমগনি হাযবগী আশাদি ঐদি ইতৌ তৌখিদ্রবনি সঞ্জয় ! ॥ ১৫২ ॥ ঐখোযগী লান্মীশিংনা অর্জ্জুনবুদি হাৎপা ঙমদ্রহনা মাগী মচা অঙাং ওইবিবা অভিমন্যুবু মযাম চংদুনা কোযশিন্দুনা হাৎলগা যান্না নুংঙাইজখি হায়বা তাবদা ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হায়বসে ঐদি ইথা থাজখিদ্রবনিদা সঞ্জয় ! ॥ ১৫৩ ॥ সঞ্জয় ! পংলবা ইচাশিংনা অভিমন্যুবু হাৎলে হাযহনা হবাওজবা লাওখোংবা অমদি অশাওবদগী মযামগী মাংদা সিন্ধু দেশগী নিংথৌ জয়দ্রথদা অর্জ্জুননা হায়খিবা ৱাশিং অদু তাবদগী ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হায়বগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনি ॥১৫৪॥ অর্জ্জুননা জয়দ্রথবু হাৎকে হায়না ৱাশকখি হায়বা অমদি ৱাশক অদুবুসু ঙাকখি হাযবা তাবদা ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হায়বগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদ্রবনি সঞ্জয় ! ১৫৫॥ সঞ্জয় ! অর্জ্জুনগী সগোলশিংনা ৱারবা চোকথরবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা সগোলশিং অদু থাদোক্তুনা ইশিং পীথকউরগা পুরক্তুনা অমুক রথদা পালশিল্লি হায়বা তাবা অদুদগী ইচাশিংনা পাণ্ডু-মচাশিংবু ঙমগনি হায়বগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনি ॥১৫৬॥ সঞ্জয় ! সগোলসিংনা

যদাশ্রৌষং নাগবলৈঃ সুদুঃসহং দ্রোণানীকং যুযুধানং প্রমথ্য ।
যাতং বার্ষ্ণেয়ং যত্র তৌ কৃষ্ণপার্থৌ তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ॥১৫৮॥
যদাশ্রৌষং কর্ণমাসাদ্য মুক্তং বধাদ্ভীমং কুৎসয়িত্বা বচোভিঃ ।
ধনুষ্কোট্যাতুদ্য কর্ণেন বীরং তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় । ॥১৫৯॥
যদা দ্রোণঃ কৃতবর্ম্মা কৃপশ্চ কর্ণো দ্রৌণির্মদ্রবাজশ্চ শূরঃ ।
অমর্ষয়ন্ সৈন্ধবং বধ্যমানং তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ॥১৬০॥
যদাশ্রৌষং দেবরাজেন দত্তাং দিব্যাং শক্তিং ব্যংসিতাং মাধবেন ।
ঘটোৎকচে রাক্ষসে ঘোররূপে তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ॥১৬১॥
যদাশ্রৌষং কর্ণঘটোৎকচাভ্যাং যুদ্ধে মুক্তাং সূতপুত্রেণ শক্তিম্ ।
যয়া বধ্যঃ সমরে সব্যসাচী তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ॥১৬২॥
যদাশ্রৌষং দ্রোণমাচার্য্যমেকং ধৃষ্টদ্যুম্নেনাভ্যতিক্রম্য ধর্ম্মম্ ।
রথোপস্থং প্রায়গতং বিশস্তং তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় । ॥১৬৩॥
যদাশ্রৌষং দ্রৌণিনা দ্বৈরথেন মাদ্রীসুতং নকুলং লোকমধ্যে ।
সমং যুদ্ধে মণ্ডলশশ্চরন্তং তদানাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় । ॥১৬৪॥

---

থারক্তুনা রথ পুবা ভমদ্রবা কালদা অর্জ্জুননা লেংদ্রবা বথ মথক্তা যম্না ফম্না তেন্তনা লান্মী পুম্নমকপু থিংজনা থমখি হাযবা তাবদগী পাণ্ডবশিংবু ভমগনি হাযবগী আশাদি ঐদি ইতৌ তৌখিদবনি ॥১৫৭॥ সঞ্জয় ! শামুগী লান্মীগা লোযননা লৈরিবা অমনা হেক ভমফদ্রবা দ্রোণাচার্য্যগী লানমীশিংবু ভমদুনা সাত্যকিনা কৃষ্ণ-অর্জ্জুন লৈরিবা মফমদা থুনা রৌথি হাযবা তাখিবা অতুদগী ইচাশিংনা পাণ্ডব-শিংবু ভমগনি হাযবগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনি ॥১৫৮॥ সঞ্জয ! কর্ণগী মথুক্তা তারবা ভীমবু থাদোক্তুনা কর্ণনা লীকং থোংজীনা কোত্তুনা অথীবা থাহৈনা অৱাবা ইকায়বা পীখি হাযব তাবদগী পাণ্ডবশিংবু ভমগনি হায়বগী আশাদি ঐদি ইতৌ তৌখিদবনি ॥১৫৯॥ সঞ্জয ! অর্জ্জুননা জয়দ্রথবু হাৎখিবা মতমদা দ্রোণ-কৃতবর্ম্মা কৃপাচার্য্য কর্ণ অশ্বত্থমা অমদি কল্লবা মদ্রদেশগী নিংথৌ শল্যনা করিসু তৌহোবা ভমদনা মাহুবু য়েংদুনা থাংহনা-লৈখি হাযবা তাবা অহুদগী ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ভমগনি হায়বগী আশাদি ঐদি ইতৌ তৌখিদবনি ॥১৬০॥ সঞ্জয় ! ইন্দ্রমক্না পীরকপা তা অহুবু অকিবগী মশক ফংলবা ঘটোৎকচদা কৃষ্ণনা শিজিন্নহনখি হায়বা তাবদগী ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ভমগনি হাযবগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদ্রবনি ॥১৬১॥ কর্ণগা ঘটোৎকচগা অনিগী লালদা কর্ণনা অর্জ্জুনদা থাগে হায়রুনা অর্জ্জুন তন্না লংলকপা অর্জ্জুনবু হাৎকদবা তা অহনা পাল্লোইদবা ঘটোৎকচদা পানখি হায়বা তাবা অহুদগী ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ভমগনি হায়বগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনি সঞ্জয । ১৬২॥ সঞ্জয় ! রথ মথক্তা ফমথবদ ভাইরিবা থাজনিভাই ওইরবা অমতা ভাযরবা দ্রোণাচার্য্যবু ধর্ম্ম য়েংদনা ধৃষ্টদ্যুম্ননা হাৎখি হায়বা তাবা অহুদগী ঐগী ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ভমগনি হায়বগী আশাদি ঐদি ইতৌ তৌখিদ্রবনি ॥১৬৩॥ সঞ্জয় ! দ্রোণগী মচানিপা অশ্বত্থমাগা নকুলগা অনিনা রথগী দ্বন্দ্বযুদ্ধদা

যদা দ্রোণে নিহতে দ্রোণপুত্রো নারায়ণং দিব্যমস্ত্রং বিকুর্ব্বন্ ।
নৈষামন্তং গতবান্ পাণ্ডবানাং তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ! ।।১৬৫।।
যদাশ্রৌষং ভীমসেনেন পীতং রক্তং ভ্রাতুর্য্ধি দুঃশাসনস্য ।
নিবারিতং নান্যতমেন ভীমং তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ! ।।১৬৬।।
যদাশ্রৌষং কর্ণমত্যন্তশূরং হতং পার্থেনাহবেষ্বপ্রধৃষ্যম্ ।
তস্মিন্ ভ্রাতৃণাং বিগ্রহে দেবগুহ্যে তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ! ।।১৬৭।।
যদাশ্রৌষং দ্রোণপুত্রঞ্চ শূরং দুঃশাসনং কৃতবর্ম্মাণমুগ্রম্ ।
যুধিষ্ঠিরং ধর্ম্মরাজং জয়ন্তং তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ! ।।১৬৮।।
যদাশ্রৌষং নিহতং মদ্ররাজং রণে শূরং ধর্ম্মরাজেন সূত ! ।
সদা সংগ্রামে স্পর্দ্ধতে যস্তু কৃষ্ণং তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ! ।।১৬৯।।
যদাশ্রৌষং কলহদ্যূতমূলং মায়াবলং সৌবলং পাণ্ডবেন ।
হতং সংগ্রামে সহদেবেন পাপং তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ! ।।১৭০।।
যদাশ্রৌষং শ্রান্তমেকং শয়ানং হ্রদং গত্বা স্তম্ভয়িত্বা তদম্ভঃ ।
দুর্য্যোধনং বিরথং ভগ্নশক্তিং তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ! ।।১৭১।।

---

চপ চপ মান্নবা লাম্মীশিং মরক্তা নৈনহনা নৈ হাযবা তাব অহদগী পাণ্ডবশিংবু ভমগনি হাযবগী আশাদি ঐদি ইতৌ তৌখিত্রবনি সঞ্জয় ! ।।১৬৪।। সঞ্জয় ! দ্রোণাচার্য্যবু হাৎখ্রবদা অশ্বত্থমানা লাইগী খুৎলাই ওইবা নারায়ণ অস্ত্রবু কাপ্প কাওবদা পাণ্ডবশিংবু মাংহনবা ভমখিদে হায়বা তাবদগী ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ভমগনি হায়বগী আশাদি ঐদি ইতৌ তৌখিত্রবনি ।।১৬৫।। সঞ্জয় ! লালফমদা ভীমসেননা মনাও দুঃশাসনগী মথবাক্তী ঈ থকপা মতমদা দুর্য্যোধননচিংবগী মমুংদা কনানস্থ খাম্বা ভমখিদে হাযবা তাবদগী পাণ্ডবশিংবু ভমগনি হাযবগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনি ।।১৬৬।। সঞ্জয় ! অম্বম খোকউ হায়না লাইনা তমখিবগী মচিন মনাওমক্ত ওইববা কর্ণ অর্জ্জুনগী লালদা লাকভম ফাঙমত্রবা কর্ণবু অর্জ্জুননা হাৎখি হাযবা তাবদগী পাণ্ডবশিংবু ভমগনি হায়বগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখি-ত্রবনি ।।১৬৭।। সঞ্জয় ! ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা কল্লবা অশ্বত্থামা, দুঃশাসন অমসুং অকিবগী মশক ফংলবা লালশোক্লবা হৈরবা কৃতবর্ম্মাবু লালফমদা জয তৌখ্রে হাযবা তাবদগী পাণ্ডবশিংবু ইচাশিংনা ভমগনি হায়বগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিত্রবনি ।।১৬৮।। সঞ্জয় ! মতমনৈবখিবিক্তা কৃষ্ণবুদ শীংনরবা, লালফমদা কৃষ্ণবু ভমগে হায়না তান্নরিবা কল্লবা শল্যবু ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা হাৎখ্রে হাযবা তাবদগী পাণ্ডবশিংবু ভমগনি হাযবগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিত্রবনি ।।১৬৯।। সঞ্জয় চৌবর শান্নখিবা অমদি থৎনচৈন-রিবসিগী মক ওইবা, মাযাতনা মপাঙ্গল ওইজবা অমদি পাপ চেল্লবা শকুনিবু পাণ্ডুগী মচা সহদেবনা হাৎখি হায়বা তাবদগী পাণ্ডবশিংবু ভমগনি হায়বগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিত্রবনি ।। ১৭০ ।। সঞ্জয় ! মপাঙ্গল য়াওত্রবা, চোকথরবা, অমদি মথন্ত ভায়ববা রথসু য়াওত্রবা দুর্য্যোধননা দ্বৈপায়ন হ্রদ

যদাশ্রৌষং পাণ্ডবাংস্তিষ্ঠমানান্ গত্বা হ্রদে বাসুদেবেন সার্দ্ধম্ ।
অমর্ষণং ধর্ষয়তঃ সুতং মে তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ! ॥১৭২॥

যদাশ্রৌষং বিবিধাংশ্চিত্রমার্গান্ গদাযুদ্ধে মণ্ডলশশ্চরন্তম ।
মিথ্যা হতং বাসুদেবস্য বুদ্ধ্যা তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ! ॥১৭৩॥

যদাশ্রৌষং দ্রোণপুত্রাদিভিস্তৈঃ হতান্ পাঞ্চালান্ দ্রৌপদেয়াংশ্চ সুপ্তান্ ।
কৃতং বীভৎসমযশস্যঞ্চ কর্ম্ম তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ! ॥১৭৪॥

যদাশ্রৌষং ভীমসেনানুযাত-নাশ্বথাম্না পরমাস্ত্রং প্রযুক্তম্ ।
ক্রুদ্ধেনৈষীকমবধীদ্যেন গর্ভং তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ! ॥১৭৫॥

যদাশ্রৌষং ব্রহ্মশিরাঽর্জ্জুনেন স্বস্তীত্যুক্ত্বা শস্ত্রমস্ত্রেণ শান্তম্ ।
অশ্বথাম্না মণিরত্নঞ্চ দত্তং তদা নাশংসে বিজয়ায় সঞ্জয় ! ॥১৭৬॥

যদাশ্রৌষং দ্রোণপুত্রেণ গর্ভে বৈরাট্যা বৈ পাত্যমানে মহাস্ত্রৈঃ ।
দ্বৈপায়নঃ কেশবো দ্রোণপুত্রং পরস্পরেণাভিশাপৈঃ শশাপ ॥১৭৭॥

---

মনুংদা মন্ত্রনা ইশিংবু লেংদনা থৈদোক্তুনা থম্লগা লোংখি হায়বা তাবদগী পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হাযবগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদ্রবনি ॥ ১৭১ ॥ সঞ্জয় ! বাসুদেবগা লোযননা পাণ্ডব মঙানা দ্বৈপাযন হ্রদ তাম্না চত্লুনা ইশিং মনুংদগী কৌথোক্তুনা থাংবা ঙনদ্রবা ইচা দুর্যোধনবু অথিবা ৱাহৈনা নিন্দা তৌখি তাবদা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হাযবগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদ্রবনি ॥ ১৭২ ॥ সঞ্জয় ! গদাগী লালদা মখল মখা অয়াম্বা, অঙকপা ফংলবা, গদাগী মহাই অমদি লৈনা লৈনা চৎপা খোংচংকা লোযননা ইচা দুর্যোধননা ভীমগা থেংনবক্লবদা বাসুদেবগী ঈঙ্গিতগী আবানবা নিযমনা দুর্য্যোধনবু হাৎখি হাযবা তাবদগী পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হায়বগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদ্রবনি ! ॥ ১৭৩ ॥ সঞ্জয় ! অশ্বত্থমা কৃপাচার্য্য অমদি কৃতবর্ম্মা অহুম্না তুমত্নুনা লৈরিবা ধৃষ্টদ্যুম্ননচিংবা পঞ্চালগী অকনবশিংবু অমদি দ্রৌপদীগী মচা মঙাবু হাত্তুনা ধর্ম্ম থোকত্রবা, ভমথিরবা থবক অসি তৌখি হায়বা তাবদগী পাণ্ডবশিংবু জয তৌগনি হায়বগী আশাদি ইতৌ তৌখিদ্রবনি ॥ ১৭৪ ॥ সঞ্জয় ! ভীমনা অশ্বত্থমাবু তান্নরক্লবদা তৌফম শংদ্রবা শাণ্ডববা অশ্বত্থমানা ঐষীক কৌবা তেনবু উত্তরাগী গর্ভদা লৈবিবা জীবন্থবু হাৎকে হাযদুনা কাপখি হাযবা তাবদগী পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হাযবগী আশাদি ঐদি ইতৌবু তৌখিদবনি ॥ ১৭৫ ॥ সঞ্জয় ! "স্বস্তি" হাযবা ৱাহৈ অসি হায়দুনা অর্জ্জুননা মাগী তেম্না ব্রহ্মাশির কৌবা অশ্বত্থমাগী তেনবু কক্তুনা মাবু তান্নরকপদা অশ্বত্থমানা মাগী মকোক্কগী মণিরত্নু লৌথোক্তুনা তেনগা শিন্নখি হাযবা তাবদা ইচাশিংনা পাণ্ডবশিংবু ঙমগনি হাযবগী আশাদি ইতৌবু তৌখিবনি ॥ ১৭৬ ॥ অশ্বত্থমানা বিরাট নিংথৌগী মচানুপী উত্তরাগী গর্ভদা লৈববা জীবন্থ হাৎকে হায়না তান্নবকপদা ব্যাসগা কৃষ্ণগা অনিনা তান্নদুনা ভিন্নমা অশ্বত্থমাবু শাপ তৌখি ॥ ১৭৭ ॥

শোচ্যা গান্ধারী পুত্রপৌত্রৈর্বিহীনা তথা বন্ধুভিঃ পিতৃভির্ভ্রাতৃভিশ্চ ।
কৃতং কার্য্যং দুষ্করং পাণ্ডবেয়ৈঃ প্রাপ্তং রাজ্যমসপত্নং পুনস্তৈঃ ॥১৭৮॥
কষ্টং যুদ্ধে দশ শেষাঃ শ্রুতা মে ত্রয়োঽস্মাকং পাণ্ডবানাঞ্চ সপ্ত ।
দ্ব্যূনা বিংশতিরাহতাক্ষৌহিণীনাং তস্মিন্ সংগ্রামে ভৈরবে ক্ষত্রিয়াণাম্ ॥১৭৯॥
তমস্ত্বতীব বিস্তীর্ণং মোহ আবিশতীব মাম্ ।
সংজ্ঞাং নোপলভে সূত! মনো বিহ্বলতীব মে ॥ ১৮০ ॥

সৌতিরুবাচ ।

ইত্যুক্ত্বা ধৃতরাষ্ট্রোঽথ বিলপ্য বহু দুঃখিতঃ । মূর্চ্ছিতঃ পুনরাশ্বস্তঃ সঞ্জয়ং বাক্যমব্রবীৎ ॥১৮১॥

ধৃতরাষ্ট্র উবাচ ।

সঞ্জয়ৈবং গতে প্রাণাংস্ত্যক্তুমিচ্ছামি মা চিরম্ । স্তোকং হ্যপি ন পশ্যামি ফলং জীবিতধারণে ॥১৮২॥

সৌতিরুবাচ ।

তং তথাবাদিনং দীনং বিলপন্তং মহীপতিম্ । নিশ্বসন্তং যথা নাগং মুহ্যমানং পুনঃ পুনঃ ।
গাবল্গণিরিদং ধীমান্ মহার্থং বাক্যমব্রবীৎ ॥১৮৩॥

সঞ্জয় উবাচ ।

শ্রুতবানসি বৈ রাজন্! মহোৎসাহান্ মহাবলান্ । দ্বৈপায়নস্য বদতো নারদস্য চ ধীমতঃ ॥ ১৮৪ ॥
মহৎসু রাজবংশেষু গুণৈঃ সমুদিতেষু চ । জাতান্ দিব্যাস্ত্রবিদুষঃ শক্রপ্রতিমতেজসঃ ॥ ১৮৫ ॥
ধর্ম্মেণ পৃথিবীং জিত্বা যজ্ঞৈরিষ্ট্বাপ্তদক্ষিণৈঃ । অস্মিন্ লোকে যশঃ প্রাপ্য ততঃ কালবশং গতান্ ॥১৮৬॥ (বিশেষকম্)

---

মচা-মশু, মৱূপ মপাং, শাগৈনাতৈ মপা মচিনমনাও লৈত্রবী গান্ধারীগী মতৌ উবদা অৱাবগী মশকনি। অমম্লোমদা তৌওমদবা থবক তৌতুনা পাণ্ডবশিংনা যেক্লবা তিংখং লৈত্রব সিংহাসনবু ফংখি অসি পুন্নমক অসি থোইনা অৱাবগী থৌদোকনিদো সঞ্জয়। লাল অসিদা মী তরাদং হিংখি। ঐখোযরোমদা মী অহুম্, পাণ্ডবশিংগীদগী মী তরেৎ মরম অহনা মপাললোমদগী পাকচাওরবা অমম্বা অচৌকপনা অহুগা মনুংদনা সুংঙাইতবা অৱাবনা থম্মোই অসি কুপখবে। ঐ জান তাদ্রে, পুক্লিং অসি অৱাবনা থুমখরে। ॥ ১৭৮-১৮০ ॥ সৌতিনা হাযখি- থোইনা ৱারবা ধৃতরাষ্ট্রনা ৱা অসি হায়তুনা খোপ্লেল থোকনা কপ্তুনা জ্ঞান তাদতুনা লৈমাইথক্তা তুপ্রে, অতুদগী অমুক জ্ঞান তারক্তুনা সঞ্জয়দা হায়খি। ॥ ১৮১ ॥ ধৃতরাষ্ট্রনা হাযখি— সঞ্জয়! ঐগী অসিগুম্বা অবস্থাসি উবদা ঐ করিমতা হিংনিঙ্ক্রে। মরমদি, তৌজিক অমুক হিংতুনা লৈরবদা হিংবগী থোইদোকপা মহৈসু ফংগনি হায়বা উদ্রে। ॥ ১৮২ ॥ সৌতিনা হাযখি— মতৌ অসুমনা কপ্লবা, তোল্লবা অমসুং লিনগী মতৌগুম মুংশা শোর কুইনা কুইনা হোল্লিবা ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদা জ্ঞান লৈরবা সঞ্জয়না থোইনা অর্থ লৈরবা ৱা অসি হায়খি। ॥ ১৮৩ ॥ সঞ্জয়না হাযখি— মহারাজ! মপাঙ্গল কল্লবা, মরীল লৈরবা অচৌবা বংশদা পোক্লবা; মগুণ লৈরবা নিংথৌ কয়া কয়ানা অক-অফবা খুৎলাই তমতুনা-হৈতুনা, ইন্দ্রগী মতৌগুম কন্দুনা পৃথিবীবু জয় তৌরমতুনা, দানদক্ষিণা মতিক চানা তৌখ্রবা যজ্ঞ কয়া কয়ানা দেবতাশিংবু পেল-হন্দুনা অদুগী মতুংদ লেংত্রবা মিংচৎ তাল্লমতুনা কালগী মখা পোনবনা অশিবগী খয়াত্তা তাখি হায়বসি

শৈব্যং মহারথং বীরং সৃঞ্জয়ং জয়তাং বরম্। সুহোত্রং রন্তিদেবঞ্চ কাক্ষীবন্তমথৌশিজম্ ॥১৮৭॥
বাহ্লীকং দমনঞ্চৈব শর্য্যাতিমজিতং নলম্। বিশ্বামিত্রমমিত্রঘ্নম্ অম্বরীষং মহাবলম্॥ ১৮৮ ॥
মরুত্তং মনুমিক্ষ্বাকুং গয়ং ভরতমেব চ। রামং দাশরথিঞ্চৈব শশবিন্দুং ভগীরথম্। ১৮৯।
কার্ত্তবীর্য্যং মহাভাগং তথৈব জনমেজয়ম্। যযাতিং শুভকর্ম্মাণং দেবৈর্যো যাজিতঃ স্বয়ম্।
চৈত্যযূপাঙ্কিতা ভূমির্যস্যেয়ং সবনাকরা ॥ ১৯০ ॥
ইতি রাজ্ঞাং চতুর্বিংশন্নারদেন সুরর্ষিণা। পুত্রশোকাভিতপ্তায় পুরা শৈব্যায় কীর্ত্তিতম্ ॥১৯১॥
তেভ্যশ্চান্যে গতাঃ পূর্ব্বং রাজানো বলবত্তরাঃ। মহারথা মহাত্মানঃ সর্ব্বৈঃ সমুদিতা গুণৈঃ ॥ ১৯২ ॥
পূরুঃ কুরুর্যদুঃ শূরাঃ বিষ্বগশ্বো মহাদ্যুতিঃ। অনুহো যুবনাশ্বশ্চ ককুৎস্থো বিক্রমী রঘুঃ ॥১৯৩॥
বিজয়ো বীতিহোত্রাঽঙ্গো ভবঃ শ্বেতোবৃহদ্‌গুরুঃ। উশীনর শতরথ কঙ্কো দুলিদুহো দ্রুমঃ॥ ১৯৪ ॥
দম্ভোদ্ভবঃ পরো বেণঃ সগরঃ সঙ্কৃতির্নিমিঃ। অজেয়ঃ পরশুঃ পুণ্ড্রঃ শম্ভুর্দেবাবৃধোঽনঘঃ॥ ১৯৫ ॥
দেবাহ্বয়ঃ সুপ্রতিমঃ সুপ্রতীকো বৃহদ্রথ। মহোৎসাহো বিনীতাত্মা সুক্রতুর্নৈষধো নলঃ ॥১৯৬॥
সত্যব্রতঃ শান্তভয়ঃ সুমিত্রঃ সুবলঃ প্রভুঃ। জানুজঙ্ঘোঽনরণ্যোঽর্কঃ প্রিয়ভৃত্যঃ শুচিব্রতঃ॥ ১৯৭ ॥
বলবন্ধুর্নিরামর্দ্দঃ কেতুশৃঙ্গো বৃহদ্বলঃ। ধৃষ্টকেতুর্বৃহৎকেতুর্দীপ্তকেতুর্নিরাময়ঃ ॥১৯৮॥
অবিক্ষিচ্চপলো ধূর্ত্তঃ কৃতবন্ধুর্দৃঢেষুধিঃ। মহাপুরাণসম্ভাব্যঃ প্রত্যঙ্গঃ পরহা শ্রুতিঃ ॥১৯৯॥

---

জ্ঞানী ওইরবা নারদ অমদি ব্যাসগী মচিন্দগী তাবিখ্রবনি। ॥ ১৮৪-১৮৬ ॥ কল্লবা মহাবথী শব্য, লাল ভমগনবশিংগী অথোইবা সঞ্জয, সুহোত্র, রন্তিদেব, কাক্ষীবান, ঔশিজ, বাহ্লীক, দমন, শর্য্যাতি, অজিত, নল, যেক্লবা ঙম্লবা বিশ্বামিত্র, কল্লবা অম্বরীষ, মরুত্ত, মনু, ইক্ষবাকু, গয়, ভরত দশরথগী মচা রাম, শশবিন্দু, ভগীরথ, কার্ত্তবীর্য্যার্জ্জুন, মরাইবক ফরবা জনমেজয় অমদি দেবতা পুম্নমক লাক্লুনা যজ্ঞ তৌহনখিবা, মহাক্লী যজ্ঞ মযামগী অমদি যজ্ঞগী মণ্ডপশিং অদুগা য়ুপ্মীশিংগী ভুংনফম পৃথিবী পুম্বনা ওইখিবা যযাতি কৌবা নিংথৌসু মতমগী মখা পোন্দুনা অসিবগী খযাত্তা তাখ্রবনি। ॥১৮৭-১৯০॥ মমাংঙৈদা মচা কাযনবগী ব্বারবা শৈব্য নিংথৌগী মফমদা নারদনা হায়রিবা নিংথৌ কুনমবিসিগী ব্বারী মথং মথং লীহনা নিংথৌগী অব্বাবা কোকহনখি ॥ ১৯১ ॥ অসি নত্তবা অতে কল্লবা নিংথৌ কয়া কয়া, গুণ পুম্বনা তিল্লবা পুকচেল চাওরবা মহাবথী কয়া অশিবগী খয়াত্তা তাখ্রবনি। ॥১৯২॥

পুরু, কমু, কল্লবা যদু, তেজ লৈরবা বিশ্বগশ্ব, অনুহ, যুবনাশ্ব, ককুৎস্থ, মপাঙ্গল কল্লবা রঘু, বিজয, বীতিহোত্র, অঙ্গ, ভব, শ্বেত, বৃহদগুরু, উশানর, শতরথ, কঙ্ক, দুলিদুহ, দ্রুম, দম্ভোদ্ভব, পর, বেণ, সগর, সঙ্কৃতি, নিমি, অজেয়- পরশু, পুন্দ্র, শম্ভু, পাপ লৈত্রবা দেবাবৃধ, দেবাহ্বয়, সুপ্রতিম, সুপ্রতীক, বৃহদ্রথ, মপুক্লিং হনবা লৈত্রবা অমদি মরমচৎ ফজরবা থৌয়দ্রবা সুক্রতু, নিষধ লৈবাক্লী নিংথৌ নল, সত্যব্রত, শান্তভয়, সুমিত্র, সুকুল, প্রভু, জানুজঙ্ঘ, অনরণ্য, অর্ক, প্রিযভৃত্য, শুচিব্রত, বলবন্দু, নিরামর্দ্দ, কেতুশৃঙ্গ, বৃহদ্বল, ধৃষ্টকেতু, বৃহৎকেতু, দীপত্রকেতু, নিরাময, অবিক্ষিৎ, চপাল, ধূর্ত্ত, কৃতবন্দু, দৃঢ়েষুধি, মহাপুরাণসম্ভাব্য প্রত্যঙ্গ, পরহা অমসুং শ্রুতিনচিংবা অচৌ অচৌবা, শিংলবা

এতে চান্যে চ রাজানঃ শতশোহথ সহস্রশঃ । শ্রূয়ন্তেঽযুতশশ্চান্যে সংখ্যাতাশ্চৈব পদ্মশঃ ॥২০০॥
হিত্বা সুবিপুলান্ ভোগান্ ধীমন্তো মহাবলাঃ । রাজানো নিধনং প্রাপ্তাস্তব পুত্রা ইব প্রভো ! ॥২০১॥
যেষাং দিব্যানি কর্ম্মাণি বিক্রমস্ত্যাগ এব চ । মাহাত্ম্যমপি চাস্তিক্যং সত্যং শৌচং দয়ার্জ্জবম্ ॥২০২॥
বিদ্বদ্ভিঃ কথ্যতে লোকে পুরাণে কবিসত্তমৈঃ । সর্ব্বর্দ্ধিগুণসম্পন্নাস্তে চাপি নিধনং গতাঃ ॥২০৩॥ (যুগ্মকম্)
তব পুত্রা দুরাত্মানঃ প্রতপ্তাশ্চৈব মন্যুনা । লুব্ধা দুর্বৃত্তভূয়িষ্ঠা ন তান্ শোচিতুমর্হসি ॥২০৪॥
শ্রুতবানসি মেধাবী বুদ্ধিমান্ প্রাজ্ঞসম্মতঃ । যেষাং শাস্ত্রানুগা বুদ্ধির্ন তে মুহ্যন্তি ভারত ॥২০৫॥
নিগ্রহানুগ্রহৌ চাপি বিদিতৌ তে নরাধিপ ! । নাত্যন্তমেবানুবৃত্তিঃ শ্রূয়তে পুত্ররক্ষণে ॥ ২০৬ ॥
ভবিতব্যং তথা তচ্চ নাত্রশোচিতুমর্হসি । দৈবং পুরুষকারেণ কোনিবর্ত্তিতুমর্হসি ॥২০৭॥
বিধাতৃবিহিতং মার্গং ন কশ্চিদতিবর্ত্ততে । কালমূলমিদং সর্ব্বং ভাবাভাবৌ সুখাসুখম্ ॥২০৮॥
কালঃ সৃজতি ভূতানি কালঃ সংহরতে প্রজাঃ । সংহরন্তং প্রজাঃ কালং কালঃ শময়তে পুনঃ ॥২০৯॥
কালো হি কুরুতে ভাবান্ সর্ব্বান্ লোকে শুভাশুভান্. কালঃ সংক্ষিপতে সর্ব্বা প্রজা বিসৃজতে পুনঃ ॥২১০॥

---

অমদি থোইনা কল্লবা অতোপ অতোপ্পা চাগা চাগা, লিশিং লিশিং, অযুত অযুত, পদ্ম পদ্ম, মশীং লাকতমদ্রবা নিংথৌ কয়া মাগী মাগী চাওববা ঐশ্বর্য্য-সম্পত্তি থাদোক্লুনা, মহারাজগী নচাশিংনা চৎখি্রবা অসিগুম্নদুনা লোইনা অশিবগী থয়াত্ত তাখ্রবনি ॥১৯৩-২০১॥ মখোযগী ধর্ম-কর্ম, মথৌনা, দান, পুকচেল চাওবগী থবক, ঈশ্বরগী মফমদা থাজবা, অচুম্বা ঙাংবদা হৈনখ্রবা, শেংনা পুনশি লেনবা, মীনুংশি থংবা, অমদি ইচম চম্বা লৈব অসিনচিংবা গুণ কযাবু জগতত্তা পণ্ডিতশিংনা অমদি ব্যাস-বাল্মীকিনাচিংবনা মাগী মাগী পুরাণদা ইখ্রবা, সম্পত্তিপূম্বা, গুণপূম্বা তিল্লবা মখোযপূম্বা অশিবগী মথযাত্ত তাখ্রবনি ॥ ২০২-২০৩॥ মপুকচেল ফত্রবা, শাওগল্লবা, মীগীমপোৎ মিহৌগল্লবা, অমদি মরমচং ফত্রবা নচাশিংমক্তনি মহারাজ, মখোয়দু শিবদবু ৱাবদি ইচুম্ চুমদবনি ॥ ২০৪ ॥ মহারাজ ! মহারাজদি মেধা লৈববা, শিংলবা অমদি পণ্ডিতখিবক্কী চান্নবনি, মরম অদুনা ভরত শাগৈগী অথোইবা ! শাস্ত্রগী মতুং ইন্না মবুদ্ধিবু শিজিন্নবিবা মীনবু শিবদা শুক্কৎপা হৌদে। ॥২০৫॥ মহারাজ ! অৱাবা মুংঙাইনা হাযবসি বিধাতানা তমখ্রবনি মাসি পুম্নমক মহারাজন খংবিবিবনি। অদুবু মচাশিংবু যোকপিবা থাকপিবা অমদি ৱারক ৱাতেম্বগী নিয়ম অদু শাস্ত্রগী মতুংইন্না মহারাজনা ঙাকপিখি হাযব থোইদোকপ তাবা লৈখিদে। ॥২০৬॥ দুর্য্যো-ধননচিংবা নচাশিং অদু মসি অসুম্না শিযু হাযবসি বিধাতান মরাইবক্ত ইখ্রবনি, অদুন মাসিগী মরমদা থোইন ৱাকম লৈতে। করম্ব নিপানা নিপা থোকপনা লাইবক্ত তমখ্রববু ককপা ঙম্বগে। ॥২০৭॥ সংসারদা কনানম্ব বিধাতান তাকপা লম্বীদগী মপাল থোক্ল চৎপা ঙমদে। অরৈবা লৈতব অৱাব মুংঙাইবা পুম্নমক বিধাতানা শেমদুনা লোয়খ্রবনি ॥২০৮॥ মতম্ন অচংচত্ত পুম্ববু শেম্বী, মতম্ন মখোইবু অমুক লৌশিল্লি। মথন্নাই পানব পান্দব পুম্নমকপু লৌশিল্লিবা মতমবু মতম্না অমুক লৌশিল্লি।॥২০৯॥ জগৎত লৈরিবা অফ ফত্ত পোৎ পুম্নমক কালগী মশাক লৌদুনা বিধাতান শেম্বনি। মসি পুম্নমক প্রলয়গী মতমদা অমুক মাংহল্লি, প্রলয়দুগী মতুংদা কল্প অমা অমুক হৌরকপদা নৌন অমুক শেমগৎলি ॥২১০॥

কালঃ সুপ্তেষু জাগর্ত্তি কালো হি দুরতিক্রমঃ। কালঃ সর্ব্বেষু ভূতেষু চরত্যবিধৃতঃ সমঃ ॥ ২১১ ॥

অতীতানাগতা ভাবা যে চ বর্ত্তন্তি সাম্প্রতম্। তান্ কালনির্ম্মিতান্ বুদ্ধা ন সংজ্ঞাং হাতুমর্হসি ॥২১২॥

সৌতিরুবাচ।

ইত্যেবং পুত্রশোকার্ত্তং ধৃতরাষ্ট্রং জনেশ্বরম্। আশ্বাস্য স্বস্থমকরোৎ সূতো গাবল্গণিস্তদা ॥ ২১৩ ॥

ধৃতরাষ্ট্রোহপি তচ্ছ্রুত্বা ধৃতিমেব সমাশ্রয়ৎ। দিষ্টেদমাগতমিতি মত্বা স প্রাজ্ঞসত্তমঃ ॥২১৪॥

লোকানাঞ্চ হিতার্থায় কারুণ্যান্মুনিসত্তমঃ। অত্রোপনিষদং পুণ্যাং কৃষ্ণদ্বৈপায়নোহব্রবীৎ।

বিদ্বদ্ভিঃ কথ্যতে লোকে পুরাণে কবিসত্তমৈঃ ॥ ২১৫ ॥

ভারতাধ্যয়নং পুণ্যম্ অপি পাদমধীয়তঃ। শ্রদ্দধানস্য পূয়ন্তে সর্ব্বপাপান্যশেষতঃ ॥ ২১৬ ॥

দেবা দেবর্ষয়ো হ্যত্র তথা ব্রহ্মর্ষয়োহমলাঃ। কীর্ত্ত্যন্তে শুভকর্ম্মাণস্তথা যক্ষা মহোরগাঃ ॥ ২১৭ ॥

ভগবান্ বাসুদেবশ্চ কীর্ত্ত্যতেহত্র সনাতনঃ। স হি সত্যমৃতঞ্চৈব পবিত্রং পুণ্যমেব চ ॥ ২১৮ ॥

শাশ্বতং ব্রহ্ম পরমং ধ্রুবং জ্যোতিঃ সনাতনম্। যস্য দিব্যানি কর্ম্মাণি কথয়ন্তি মনীষিণঃ ॥ ২১৯ ॥

অসৎ সৎ সদসচ্চৈব যস্মাদ্বিশ্বং প্রবর্ত্ততে। সন্ততিশ্চ প্রবৃত্তিশ্চ জন্মমৃত্যুপুনর্ভবাঃ ॥ ২২০ ॥

---

মতম হায়বা অসিদি থৱাইনা তুমলিঙৈদা হৌগওুনা লৈ, মতমবু কনানসু লাম্থোক্তুনা চৎথিবা ঙমদে, কনানসু মতমবু থিংদুনা থম্বা ঙমদে, মতমনা পোৎ পুম্নমক্কি মম্নংদা চত্তুনা লৈ ।।২১১।। হৌখ্রবা লৈরিবা ওইবক্কদৌবা পুম্বা মতম্মা শেম্বা ঙাকনি খন্দুনা শিথিবগীদমক থাদুনা জ্ঞান মাংবা চুমদে ।।২১২।। সৌতিনা হায়খি। মস্তৌ অম্মমনা সঞ্জয়না মচা কায়নবগী ৱায়বা নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রবু জ্ঞানগী ৱাহৈন থেমজিন্দুনা ভাব তাহনখি ।২১৩।। জ্ঞান লৈবা ধৃতরাষ্ট্রসু সঞ্জয়গী ৱা তাবদা লাই-বক ফবদগী অসিগুম্বা জ্ঞান ফংলবনি খন্দুনা মপুক্কিংদা অৱাব থনখিদরে ।।২১৪।। ঋষি অথোইবা বেদব্যাসনা জগৎকী মঙ্গলগীদমক্ত মহাভারত কৌবা পুরাণদা বেদান্তগী মচি ওইবা শকক্তবু থনমলে, মাসিবু জগত্ত পণ্ডিতশিংনা শক্ল-শোন্নরি, পুরাণদসু কবিশিংনা হায়নরি ।।২১৫।। মহাভারত মপূম্বু পাঠ তৌবগী মহৈ অদু পুরাণ অসিগী শ্লোক অমতগী পাদ অমতবুসু পাঠ তৌরগা অদুম মফংঙি, হায়বা অর্থদুদা অমুক হন্না ভক্তি বিশ্বাস থম্নবদি পাপ পুম্নমক মাংঙি ।।২১৬।। মহাভারত অসিদা লাইয়াম খিবিক্কি, দেবর্ষি খিবিক্কি পাপ চেন্দ্রবা ব্রহ্মর্ষি খিবিক্কি থ'ম চেল্লবা যক্ষ খিবিক্কি অমদি মতিক মগুণ চাওবা অনন্তবাসুকীনচিংবা অচৌবা লীন খিবিক্কি হৌরকফম, মগুণনাচিংবা ইখ্রবনি ।।২১৭।। থোইদোক্না হায়রবদা মহাভারতসিদা ভগবান্ বাসুদেবমক্কি মগুণ শকখ্রবনি। মহাক্তি অচুম্বনি, অশেংবনি, পুণ্য চেন্নবা চরিত্রনা মহাক্কি ওইবনি ।।২১৮।। বাসুদেব মহাক্তনা মফম পুম্বদ শিনথুংনা লৈবা পরং-ব্রহ্মনি, মহাক্তনা মতম পুমনমক্তা হোংদনা লৈবা, থমোইগী মশক ওইব মহাক্কি। পণ্ডিতশিংনা মহাক্ন তৌরিবা থবক পুম্নমকপু দিব্য কর্ম্মমক্তনি হায়বদি মীরমলেন্দ ওইরিবসিগুম্বা অমত্ত নত্তে হায়বনি ।২১৯।

অচুম্ব জ্ঞানগী মমুংদা চুমদবনি উরিবা, চুমদবগী মমুংদা অচুম্বনি উরিবা অমদি কার্য্য কারণ অনিগী মশক ওইরিবা জগৎ অসি মাঙোন্দগী থোকখিত্রবনি। তুমিত্ত ব্রহ্মা ফাওবা মাগী মচামক্তনি

অধ্যাত্মং শ্রূয়তে যচ্চ পঞ্চভূতগুণাত্মকম্ । অব্যক্তাদিপরং যচ্চ স এব পরিগীয়তে ॥২২১॥
যত্তদ্যতিবরা যুক্তা ধ্যানযোগবলান্বিতাঃ । প্রতিবিম্বমিবাদর্শে পশ্যন্ত্যাত্মন্যবস্থিতম্ ॥২২২॥
শ্রদ্দধানঃ সদা যুক্তঃ সদা ধর্ম্মপরায়ণঃ । আসেবন্নিমমধ্যায়ং নরঃ পাপাৎ প্রমুচ্যতে ॥২২৩॥
অনুক্রমণিকাধ্যায়ং ভারতস্যেমমাদিতঃ । আস্তিকঃ সততং শৃণ্বন্ ন কৃচ্ছ্রেষ্ববসীদতি ॥২২৪॥
উভে সন্ধ্যে জপন্ কিঞ্চিৎ সদ্যো মুচ্যেত কিল্বিষাৎ । অনুক্রমণ্যা যাবৎ স্যাদহ্না রাত্র্যা চ সঞ্চিতম্ ॥২২৫॥
ভারতস্য বপুর্হ্যেতৎ সত্যঞ্চামৃতমেব চ । নবনীতং যথা দধ্নো দ্বিপদাং ব্রাহ্মণো যথা ॥২২৬॥
হ্রদানামুদধিঃ শ্রেষ্ঠো গৌর্বরিষ্ঠা চতুষ্পদাম । যথৈতানীতিহাসানাং তথা ভারতমুচ্যতে ॥২২৭॥
যশ্চৈনং শ্রাবয়েচ্ছ্রাদ্ধে ব্রাহ্মণান্ পাদমন্ততঃ । অক্ষয্যমন্নপানং তৎ পিতৄংস্তস্যোপতিষ্ঠতে ॥২২৮॥
ইতিহাসপুরাণাভ্যাং বেদং সমুপবৃংহয়েৎ । বিভেত্যল্পশ্রুতাদ্বেদো মাময়ং প্রহরিষ্যতি ॥২২৯॥

---

অমদি থব্রাই পানস্বা পুন্নমকনা তৌবিবা থবক পুন্নমক অমদি পোকপা লৈবা শিবগী মশক ওইব সংসার অসিমক মাঙোন্দগী থোকখিবনি ॥ ২২০ ॥ মৈ-ইশিংনচিংবা পঞ্চভূত অমদি রূপ রসনচিংবা গুণগী মশক ওইববা মাবু জীবাত্মানি হায়নরিবা অমসুং মপান্দ উরিবা অশিবা প্রকৃতিগী অচৎ-চত্তবা পোৎ খিবিক্তগী তোঙাম্ন তাবিবা মাবু পরমাত্মানি হায়না কৌনরিবা অনিমক অসি হায়বদি জীবাত্মা পরমাত্মা অনিমক বাসুদেব মথন্তনা ওইবনি হায়না মুনিশিংনা হায়নরিবনি ॥ ২২১ ॥ অতুগুম্বা আত্মাবু মশক উগে হায়বগীদমক্ত পুক্লিং চংলবা অমদি ধ্যান যোগদা হৈনখ্রবা মুনিশিংনা মশাথন্ত লৈরিবা ব্রহ্ম জ্ঞান্দন কংবা মহাকপু মিংশেলদা মশাগী মমি উবগুম উনরি ॥ ২২২ ॥ মতম লৈবাখিবিক্ত থাজরবা পুক্লিং চংলবা অমদি মতম লৈবাখিবিক্ত ধর্ম্মদা মমায ওনশিল্লবা বনাগুম্বনা অধ্যায় অসিবু পাঠ তৌরগা পাপ পুন্নমক্তগী কোকপা ঙম্মি ॥ ২২৩ ॥

ঈশ্বর লৈ হায়বসি থাজবা মীনা মহাভারতকী অনুক্রমণিকা কৌবা অধ্যায অসিবু মতমলৈবা খিবিক্ত পাঠ তৌরবা অমদি তাজববদি অব্রাবগী মতমদা মপুক্লিং ফাজিনবা ঙমদরনা অব্রাবখনা মাবু শুক্লাত্তে ॥ অমুক্তা নত্রগা সন্ধ্যাদা মহাভারতকী শবক খরদং পাঠ তৌরবদি খুদক্তা পাপতগী মুক্তি ফংই, অমুক মুংথিনদা; অকিংদা তৌখিবা পাপ পূম্বা অনুক্রমণিকা কৌবা অধ্যায় অসি পাঠ তৌরবদি খুদক্তা—কোকই ॥ ২২৪-২২৫ ॥ মরমদি অধ্যাযসিদা মহাভারত পুরাণগী খোংদগী কোক ফাওবা হকচাং মপুম য়াওরি, অমুকসু অসিগী মনুংদা পরংব্রহ্ম ফংনবা অমদি সংসারদগী লানথোকনবা মরম তাক্লি. দধিগী মনীনা অথোইবা ওইবগুম পুবাণগী মনুংদা ভারতনা অথোইবনি ॥ ২২৬ ॥ পাৎকী মনুংদা সমুদ্রনা—অথোইবনি, মথোং মরি পানবগী মনুংদা ষণনা অথোইবনি, মতৌ অদুগুম্বা ইতিহাসকী মনুংদা ভারতনা অথোইবনি ॥ ২২৭ ॥ অদুগুম্বা মীনা পিতৃশ্রাদ্ধদা অধ্যায় অমতং নত্রগা য়ামত্রবদা শ্লোক অমগী পাদ অমত্তা ওইরবসু পাঠ তৌহনা ব্রাহ্মণশিংবু তাহল্লবা অম ওইরবদি মানা কৎচবা অচা-অথক পুম্বা অমাং অতা কৈতনা পিতৃলোক য়ৌথি ॥ ২২৮ ॥ ইতিহাস অমদি পুরাণনা বেদবু হায়বদি জ্ঞানবু চাওখৎহনগদবনি মত্রবদি বেদবু মুম্না থংদবা মীগী মফমদগী মাসিনা ঐবু হাৎপা তারে অমুম হায়না খনরনা

কার্ষ্ণং বেদমিমং বিদ্বান্ শ্রাবয়িত্বার্থমশ্নুতে। ভ্রূণহত্যাদিকঞ্চাপি পাপং জহ্যাদসংশয়ম্ ॥২৩০॥
য ইমং শুচিরধ্যায়ং পঠেৎ পর্ব্বণি পর্ব্বণি। অধীতং ভারতং তেন কৃৎস্নং স্যাদিতি মে মতিঃ ॥২৩১॥
যশ্চৈনং শৃণুয়ান্নিত্যম্ আর্ষং শ্রদ্ধাসমন্বিতঃ। স দীর্ঘমায়ুঃ কীর্ত্তিঞ্চ স্বর্গতিঞ্চাপ্নুয়ান্নরঃ ॥২৩২॥
চত্বার একতো বেদা ভারতঞ্চৈকমেকতঃ। পুরা কিল সুরৈঃ সর্ব্বৈঃ সমেত্য তুলয়া ধৃতম্ ॥২৩৩॥
চতুর্ভ্যঃ সরহস্যেভ্যো বেদেভ্যো হ্যধিকং যদা। তদা প্রভৃতি লোকেঽস্মিন্ মহাভারতমুচ্যতে ॥২৩৪॥
মহত্ত্বে চ গুরুত্বে চ ধ্রিয়মাণং যতোঽধিকম্। মহত্ত্বাদ্ভারবত্ত্বাচ্চ মহাভারতমুচ্যতে।
নিরুক্তমস্য যো বেদ সর্ব্বপাপৈঃ প্রমুচ্যতে ॥২৩৫॥
তপো ন কল্কোঽধ্যয়নং ন কল্কঃ স্বাভাবিকো বেদবিধির্ন কল্কঃ।
প্রসহ্য বিত্তাহরণং ন কল্কঃ তান্যেব ভাবোপহতানি কল্কঃ ॥২৩৬॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি অনুক্রমণিকা নাম প্রথমোঽধ্যায়ঃ ॥১॥

——:(*):——

---

অকীবা ফংই ।২২৯।। পণ্ডিতশিংনা বেদব্যাসনা লেংবা মহাভারত কৌবা মশাশুবা বেদসিমু তাহল্লগা দক্ষিণাগী মশক ওইবা লন্ ফংডি, অদুগা মশামক্না পুবাণ অসিগী বাবীশিংগী তম্বমু খংলব অদুসু গর্ভদা লৈবা জীববু মাংহনবগী পাপতগী কোকই ।। ২৩০ ।। পূর্ণিমানাচিংবা পর্ব্ব তিথি তিথিদা অধ্যায় অসিমু পুকনিং, হকচাং শেংনা পাঠ তৌজবা মীদুনা সংপূর্ণ মহাভারত পাঠ তৌবগী মহৈ শোয়দনা ফংডি হায়বসি সৌতি ঐগী মতনি।।২৩১ ।।

ভক্তি-শ্রদ্ধাগা লোইননা ঋষিনা ইরম্বা অধ্যায অসিবু মুমিং খুদিংগী তাজরবা মী অদুদি পুনসিবা মিংচৎ অমসুং স্বর্গ ফংডি ।। ২৩২ ।। মমাংদৈদা দেবতা পুম্নমক্না নাকল অমদা বেদ মরি, নাকল অমদা মহাভারত হাপ্লুনা কনান লুম্বগে হায়দনা খল ওন্দুনা যেংখি ।। ২৩৩ ।। ওলবা মতম অদুদা মাগী মাগী উপনিষদকা লোইনরবা বেদ মরিদগী ইতিহাস অসিনা লুম্ব হেনবনা পুবাণ অসিবু মহাভারত হায়না খংনরে।।২৩৪।। মশালুম্বা অর্থ লুম্বদম্ব অমদি মগুণ লুম্বদসু গ্রন্থ অসিনা লুম্ব হেনবদগী মহাভারত হায়না খংনখিবনি। শব্দ অসিমক্কী অর্থ খংবা মীসু পাপ পুম্নমক্তগী কোকই ।।২৩৫।। তপস্যা তৌবসু পাপ পুবা নত্তে, বেদ পাঠ তৌবসু পাপ পুবা নত্তে, বর্ণাশ্রমগী খেন্নবা ধর্ম্ম মতুংইন্না বেদগী বিধিবু ভাকপসু পাপ পুবা নত্তে, অমসুং অত্নাবা কোংগাই থাংদুনা লন তানবসু পাপ পুবা নত্তে, অদুবু, হায়রিবাসিং অসিবু ফত্তবা ভাবনা মতৌরবদি পাপ পুবা ভাক্তনি ।।২৩৬।।

মাসিদা শ্লোক লিশিং চামনা লেংখ্রবা শ্রীব্যাসগী শ্রীমহাভারতকী সংহিতাদা
আদিপর্ব্বদা অনুক্রমণিকা কৌবা অহানবা অধ্যায় অসি লোইরে।।

——•:(*):•——

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব—পর্ব্ব সংগ্রহ

(অনিশুবা অধ্যায়ঃ)

—০(×০—

ঋষয় উচুঃ।

সমন্তপঞ্চকমিতি যদুক্তং সূতনন্দন! এতৎ সর্ব্বং যথাতত্ত্বং শ্রোতুমিচ্ছামহে বয়ম্ ॥১॥

সৌতিরুবাচ।

শৃণুধ্বং মম ভো বিপ্রাঃ! ব্রুবতশ্চ কথাঃ শুভাঃ। সমন্তপঞ্চকাখ্যঞ্চ শ্রোতুমর্হথ সত্তমাঃ ॥২॥

ত্রেতাদ্বাপরয়োঃ সন্ধৌ রামঃ শস্ত্রভৃতাং বরঃ। অসকৃৎ পার্থিবং ক্ষত্রং জঘানামর্ষচোদিতঃ ॥৩॥

স সর্ব্বং ক্ষত্রমুৎসাদ্য স্ববীর্য্যেণানলদ্যুতিঃ। সমন্তপঞ্চকে পঞ্চ চকার রৌধিরান্ হ্রদান্ ॥ ৪॥

স তেষু রুধিরাম্ভঃসু হ্রদেষু ক্রোধমূর্চ্ছিতঃ। পিতৃন্ সন্তর্পয়ামাস রুধিরেণেতি নঃ শ্রুতম্ ॥ ৫ ॥

অথর্চ্চীকাদয়োঽভ্যেত্য পিতরো রামমব্রবন্। রাম! রাম! মহাভাগ! প্রীতাঃ স্মস্তব ভার্গব! ॥৬॥

অনয়া পিতৃভক্ত্যা চ বিক্রমেণ তব প্রভো!। বরং বৃণীষ্ব ভদ্রং তে যমিচ্ছসি মহদ্যুতে! ॥৭॥

রাম উবাচ।

যদি মে পিতরঃ প্রীতাঃ, যদ্যনুগ্রাহ্যতা ময়ি। যচ্চ রোষাভিভূতেন ক্ষত্রমুৎসাদিতং ময়া ॥ ৮ ॥

---

ঋষিশিংনা হায়খিঃ— হে সৌতি! সমন্তপঞ্চককী মরমদা থরদং হায়বা হৌদোকপীখিবহ্ শন্দোক্লা ম্বারী পুম্বা মথং মনাও নাইনা তাজনিংঙি ॥ ১ ॥ সৌতিনা হায়খি— অথোইবা সাধু ওইরবা ব্রাহ্মণ পুম্নমক! তাবদা মঙ্গলগী মশক ওইরবা ম্বারীশিং অদু অমদি সমন্তপঞ্চক কৌবা লমদমগী ম্বারী পূম্ব মথং শিংনা তাজবক্কে তাবিয়ু মযাম ॥ ২ ॥ ত্রেতাগা দ্বাপরগা যুগ অনিগী শিন্নরমদাইদা অকনবা খুৎলাই পায়বগী মন্নুংদা খ্বাইদগী অথোইবা পরশুরামনা অশাওবদগী পৃথিবী পূম্বদা লৈবা ক্ষত্রিয় মথৈবু হন্না হন্না হাৎখি ॥ ৩ ॥ মৈগী মতোঙম্ তেজ লৈরবা পরশুরামনা মশাগী পাম্বোমগী পাঙ্গন্না পৃথিবীদা হেক লৈবিবা নিংথৌ মচাশিংবু হাৎতুনা মাগী ঈতনা ঈগী পুখ্রী মঙা হৌজিক হায়রিবা সমন্তপঞ্চক কৌবা মফমসিদা তৌরমমি ॥ ৪ ॥ অশাওবনা অফ-ফত্ত খংখিদতুনা পরশুরামনা ঈনা থল্লবা পুখ্রী মঙা অদুদা পিতৃতর্পন তৌখি হাবর্বসি ঐখোয়না তানরিবসিনি ॥ ৫ ॥ তর্পন অদুদা পেনখ্রতুনা ঋচীকনচিংবা পিতৃলোক পূম্বনা চেংথোরক্তুনা পরশুরামদা হায়খি— ভৃগুশাগৈদা পোক্লবা, লাইবক ফরবা হে রাম! ঐখোয় পূম্বা থৌজ্জনা পেল্লে ॥ ৬ ॥ হে অকনবা! নংগী নপাঙ্গল নথৌনা অমদি পিতৃভক্তি উবদা ঐখোয় পেল্লে, অদুনা নতীক চাওববা রাম! অপাম্বা বর ঐখোয়দা নিয়ু, নংগী মঙ্গল ওইরবা বর ঐখোয়দগী লৌ ॥ ৭ ॥ পরশুরামনা হায়খিঃ— ইপা ইপু পুম্নমক তাবিয়ু!

অতশ্চ পাপান্মুচ্যেঽহম্ এষ মে প্রার্থিতো বরঃ । হ্রদাশ্চ তীর্থভূতা মে ভবেয়ুর্ভুবি বিশ্রুতাঃ ॥৯॥ (যুগ্মকম্)
এবং ভবিষ্যতীত্যেবং পিতরস্তমথাব্রুবন্ । তং ক্ষমস্বেতি নিষিষিধুস্ততঃ স বিররাম হ ॥ ১০ ॥
তেষাং সমীপে যো দেশো হ্রদানাং রুধিরাম্ভসাম্ । সমন্তপঞ্চকমিতি পুণ্যং তৎ পরিকীর্ত্তিতম্ ॥ ১১ ॥
যেন লিঙ্গেন যো দেশো যুক্তঃ সমুপলক্ষ্যতে । তেনৈব নাম্না তং দেশং বাচ্যমাহুর্মনীষিণ ॥১২॥
অন্তরে চৈব সম্প্রাপ্তে কলিদ্বাপরয়োরভূৎ । সমন্তপঞ্চকে যুদ্ধং কুরুপাণ্ডবসেনয়োঃ ॥১৩॥
তস্মিন পরমধর্ম্মিষ্ঠে দেশে ভূদোষবর্জ্জিতে । অষ্টাদশ সমাজগ্মুরক্ষৌহিণ্যো যুযুৎসয়া ॥১৪॥
এবং নামাভিনির্বৃত্তং তস্য দেশস্য বৈ দ্বিজাঃ ! । পুণ্যশ্চ রমণীয়শ্চ স দেশো বঃ প্রকীর্ত্তিতঃ ॥১৫॥
তদেতৎ কথিতং সর্বং ময়া বো মুনিসত্তমাঃ ! । যথা দেশঃ স বিখ্যাতস্ত্রিষু লোকেষু সুব্রতাঃ ! ॥ ১৬ ॥

ঋষয় উচুঃ ।

অক্ষৌহিণ্য ইতি প্রোক্তং যত্ত্বয়া সূতনন্দন ! । এতদিচ্ছামহে শ্রোতুং সর্বমেব যথাযথম্ ॥১৭॥
অক্ষৌহিণ্যাঃ পরিমাণং নরাশ্বরথদন্তিনাম্ । যথাবচ্চৈব নো ব্রূহি সর্বং হি বিদিতং তব ॥১৮॥

সৌতিরুবাচ ।

একো গজো রথশ্চৈকো নরাঃ পঞ্চ পদাতয়ঃ । ত্রয়শ্চ তুরগাস্তজ্ঞৈঃ পত্তিরিত্যভিধীয়তে ॥১৯॥

---

মযামনা ঐগী মফমদা পেনবিববদি অমদি চাম্বিগে নিংবিববদি ঐন, পৃথিবীগী ক্ষত্রিয় অশাওবদগী ময়াম হাংলুরিবসিগী পাপ কোকহনবিয়ু, অদুগা ঈগী পুখ্রী মশা অসি তীর্থনি হায়না ফাওহনবিয়ু, মাসিনি ঐনা মযামদগী ফংজনিংলিবা বব্বদি ॥ ৮-৯ ॥ "অদুমক ওইরসনু" অসুম হায়না পিতৃলোকশিংনা পরশুরামদা হাযখি— অদুগা ওসিমথৈ লাল তৌবগু, মী হাৎবনু, অসিমস্তু হায়খি। অদুদগী হৌন পরশুরাম লাল শোক্লবা মী হাৎপা তোকখে ॥ ১০ ॥ ঈনা থল্লবা পুখ্রীশিং অদুগী অকোইবদা লৈরিবা দেশ অদো হৌজিক ফাও সমন্ত পঞ্চক হাযনা অশেংবা তীর্থ ওইনা ফাওরি ॥১১॥ লৈবাক লৈবাক অদুদা থৌদোক থৌদোক্কী লৈবি-লৈবিবা থুদমশিং অদুগী মতুং ইন্না লম লম অদুগী মমিং জ্ঞানীশিংনা চপ চান থোনখি ॥ ১২ ॥ দ্বাপরনা লোইরকপা কলিযুগ হৌরক্দায মতম অমদা সমন্তপঞ্চক হায়রিবা তীর্থ অসিদা কৌরব পাণ্ডবশিংগী অকনবা লাঞ্জাও অমা থোকখি ॥ ১৩ ॥ লৈকুৎ লৈতোং লৈবনচিংবা লমগী দোষ যাওদ্রবা অমদি থোইদোকপা পুণ্যগী কর্ম্ম তৌনফম ওইববা মফম অসিদা লাল শোক্লনীংলবা অক্ষৌহিণী তরানিপাল লাক্তুনা তিন্নখি ॥ ১৪ ॥

ব্রাহ্মণ পুন্নমক ! মতৌ অসুমা অসুমনা থোনখিবা সমন্তপঞ্চক হাযরিবা তীর্থসি অশেংবা মফম ওইবদা নত্তনা যজবস্থু ফজে অহেৎা দেশগী মরমদা ঐনা মযামদা লীজবিব অসিনি ॥১৫॥ তপস্যা কল্লবা মহর্ষি পুমনমক ! মরোল অহুমদা ফাওববা দেশ অদুগী অমদি করি কবি মরমদগী ফাওখিবা অসিনচিংবা সম্পৎনা লীজবিবনি ॥১৬॥ ঋষিশিংনা হাযখি— হে সৌতি ! অক্ষৌহিণীগী মরমদা ন্না খবদং হৌদোক-পিখিবদো মাহুগী মরমদা খবদং শন্দোকনা তাজনিংডি ॥১৭॥ অক্ষৌহিণী অমগী মনুংদা মী কযা, শগোল কয়া, রথ কযা, অমদি শামু কযা য়াওবগে হাযবষু শন্দোকনা তাকপিযু মবমদি মাসি পুমনমক লোইন খংবিরিবনি ॥১৮॥ সৌতিনা হায়খিঃ— শামু অমা রথ অমা খোংমি মঙা শগোল অহুম পুল্লগা

পত্তিং তু ত্রিগুণামেতামাহুঃ সেনামুখং বুধাঃ। ত্রীণি সেনামুখান্যেকো গুল্ম ইত্যাভিধীয়তে ॥ ২০ ॥
ত্রয়ো গুল্মা গণো নাম বাহিনী তু গণাস্ত্রয়ঃ। স্মৃতাস্তিস্রস্তু বাহিন্যঃ পৃতনেতি বিচক্ষণৈঃ ॥২১॥
চমূস্তু পৃতনাস্তিস্রঃ তিস্রশ্চম্বস্ত্বনীকিনী। অনীকিনীং দশগুণাং প্রাহুরক্ষৌহিণীং বুধাঃ ॥২২॥
অক্ষৌহিণ্যাঃ প্রসংখ্যাতা রথনাং দ্বিজসত্তমা'। সংখ্যা গণিততত্ত্বজ্ঞৈঃ সহস্রাণ্যেকবিংশতিঃ ॥২৩॥
শতান্যুপরি চৈবাষ্টৌ তথা ভূয়শ্চ সপ্ততিঃ। গজানাঞ্চ পরীমাণমেতদেব বিনির্দ্দিশেৎ ॥২৪॥
জ্ঞেয়ং শতসহস্রং তু সহস্রাণি নবৈব তু। নরাণামপি পঞ্চাশৎ শতানি ত্রীণি চানঘাঃ ॥২৫॥
পঞ্চষষ্টিসহস্রাণি তথাশ্বানাং শতানি চ। দশোত্তরাণি ষট্প্রাহুর্যথাবদিহ সংখ্যয়া ॥২৬॥
এতামক্ষৌহিণীং প্রাহুঃ সংখ্যাতত্ত্ববিদো জনাঃ॥ যাং বঃ কথিতবানস্মি বিস্তরেণ তপোধনাঃ ॥২৭॥
এতয়া সংখ্যয়া হ্যাসন্ কুরুপাণ্ডবসেনয়োঃ। অক্ষৌহিণ্যো দ্বিজশ্রেষ্ঠাঃ পিণ্ডেনাষ্টাদশৈব তু ॥২৮॥
সমেতাস্তত্র বৈ দেশে তত্রৈব নিধনং গতাঃ। কৌরবান্ কারণং কৃত্বা কালেনাদ্ভুতকর্ম্মণা ॥২৯॥
অহানি যুযুধে ভীষ্মো দশৈব পরমাস্ত্রবিৎ। অহানি পঞ্চ দ্রোণস্তু ররক্ষ কুরুবাহিনীম্ ॥৩০॥
অহনী যুযুধে দ্বে তু কর্ণঃ পরবলার্দ্দনঃ। শল্যোঽর্দ্ধদিবসঞ্চৈব গদাযুদ্ধমতঃ পরম্ ॥৩১॥

---

পত্তি অমা কৌই হায়না লানগী বিদ্যা খংবা পণ্ডিতশিংনা হায়নৈ ॥১৯॥ পত্তি অহুমনা সেনামুখ অম অদুগা সেনামুখ অহুম্মা গুল্ম অমা কৌই হায়না হায়নৈ ॥২০॥ অমুকস্তু পণ্ডিতশিংনা লেপ্পখি—গুল্ম অহুম্মা গণ অমা, অদুগুম্বা গণ অহুম্মা বাহিনী অমা অদুগা অদুগুম্বা বাহিনী অহুম্মা পৃতনা অমা ফায ॥২১॥ অমুকস্তু পণ্ডিতশিংনা হায়নৈ-পৃতনা অহুম্মা চমূ অমা চমূ অহুম্মা অনীকিনী অমা অদুগা অনীকিনী তরানা অক্ষৌহিণী অমা ফায় ॥২২॥ হে অথোইবা ব্রাহ্মণ পুন্নমক! অক্ষৌহিণী অমগী মনুংদা রথ লিশিং কুনমাথোই চানিপাল হুম্ফুতরা য়াওই মাসিগা মশিং চপ মানবা শামুপ্ত য়াওই ॥২৩—২৪॥ পাপ পকন্নবা মহর্ষি পুন্নমক! অক্ষৌহিণী অমদা যাওবা খোংমীদি লখা অমা লিশিং মাপল চহুম যাংথৈনি ॥২৫॥ অক্ষৌহিণী অমগী মনুংদা শগোল লিশিং হুম্ফুমভা চাতকক তরা য়াওই হায়না পণ্ডিতশিংনা হায়নৈ ॥২৬॥ হে তপস্বী পুন্নমক! ঐনা মযামগী মফমদা শন্দোকনা শগোল শামুনা চিংবগী মশিং খাখিবা অদুনা অক্ষৌহিণী অমা ফায হায়বসি গণিত-শাস্ত্র খংবাশিংনা হায়নৈ।॥২৭॥ অথোইবা ব্রাহ্মণ পুন্নমক! অসিগুম্বা অক্ষৌহিণী তরানিপান্না কুরু পাণ্ডব পক্ষ অনিগী অপুন্না লালমী শিংনি ॥২৮॥ মখোই পুম্বসি হাযরিবা মফম অসিদা তিন্নখি, মখোই পুন্নমক দুর্য্যোধনগী হাক্তক্কগী তৌভমদ্রবা কালগী চক্রদা চোংশিন্দুনা অসিবগী থয়াত্ত তাখি ॥ ২৯॥ অথোইবা খুংলায় হৈরবা ভীষ্মনা তুমিং তরানি চুপ্পা অমদি দ্রোণাচার্য্যনা নুমিৎ মঙানি চুপ্পা অকনবা লান থেংনদুনা কুরুগী লালমীশিংবু ভাকখি ॥৩০॥ য়েক্কবগী লাম্মী নৈহৎপা ডম্বব কললব কর্ননা নুমিৎ নীনি, অদুগা শৈল্যনা নুমিৎ মুংবা কাওবা সেনাপতি ওইদুনা শোক্করম্মি। অদুগী মতুংদা ভীমগা দুর্যোধনগা অনিগী গদা লালগী মতাং লাকলে ॥৩১॥

তত্রৈব দিবসস্যান্তে দ্রৌণি-হার্দ্দিক্য-গৌতমাঃ। প্রসুপ্তং নিশি নিঘ্নন্তঃ অয়ু্যৌধিষ্ঠিরং বলম্‌ ॥ ৩২ ॥
যত্ত্ব শৌনক ! সত্রে তে ভারতাখ্যানমুত্তমম্‌ । জনমেজয়স্য তৎ সত্রে ব্যাসশিষ্যেণ ধীমতা ॥ ৩৩ ॥
কথিতং বিস্তরার্থঞ্চ যশো বীর্যং মহীক্ষিতাম্‌ । পৌষ্যং তত্র চ পৌলোমমাস্তীকং চাদিতঃ স্মৃতম্‌ ।৩৪। (যুগ্মকম্‌)
বিচিত্রার্থপদাখ্যানমনেকসময়ান্বিতম্‌ । প্রতিপন্নং নরৈঃ প্রাজ্ঞৈর্বৈরাগ্যমিব মোক্ষিভিঃ ॥৩৫॥
আত্মেব বেদিতব্যেষু প্রিয়েষ্বিব হি জীবিতম্‌ । ইতিহাসঃ প্রধানার্থঃ শ্রেষ্ঠঃ সর্ব্বাগমেষ্বয়ম্‌ ॥৩৬॥
অনাশ্রিত্যৈতদাখ্যানং কথা ভুবি ন বিদ্যতে । আহারমনপাশ্রিত্য শরীরস্যেব ধারণম্‌ ॥৩৭॥
তদেতদ্ভারতং নাম কবিভিস্তূপজীব্যতে । উদয়প্রেপ্সুভির্ভৃত্যৈরভিজাত ইবেশ্বরঃ ॥৩৮॥
ইতিহাসোত্তমে হ্যস্মিন্‌ অর্পিতা বুদ্ধিরুত্তমা । স্বরব্যঞ্জনয়োঃ কৃৎস্না লোকবেদাশ্রয়েব বাক্‌ ॥৩৯॥
তস্য প্রজ্ঞাভিপন্নস্য বিচিত্রপদপর্ব্বণঃ । সূক্ষ্মার্থন্যায়যুক্তস্য বেদার্থৈর্ভূষিতস্য চ ॥৪০॥
ভারতস্যেতিহাসস্য শ্রূয়তাং পর্ব্বসংগ্রহঃ । পর্ব্বানুক্রমণী পূর্ব্বং দ্বিতীয়ঃ পর্ব্বসংগ্রহঃ ॥৪১॥ (যুগ্মকম)

---

নুমিৎ তাববদা নিঙ্‌াইবা লৈতনা যুধিষ্ঠিরগী লান্মীশিংনা অহিং তুম্লিবৈদা অশ্বত্থামা, কৃতবর্ম্ম অমদি কৃপাচার্য্য অহুম্না লোম্না লাকতুনা তুম্লিবশিং অহবু হাৎখি ॥ ৩২ ॥ অথোইবা ঋষি শৌনক ! ঐনা ঙসি যজ্ঞ অসিদা লীগদৌরিবা মহাভারতকী ৱারীশিং অসি জন্মেজয়গী লীলগী যজ্ঞদা বৈশম্পায়ননা লীথিবা অর্জুনি, মসিদা তোঙান তোঙানবা বিষয় ময়াম অমদি মগুণ চাওববা নিংথৌ কয়াগী মতিক মগুণ মিংচৎ অমদি মপাঙ্গলগী ৱারী য়াওরি। অহানবদা পৌষ্য, পৌলোম অমদি আস্তীক অহুমশিংগী ৱারী যাওরি ॥ ৩৩-৩৪ ॥ মুক্তি পাম্বা মীশিংনা বৈরাগ্যগী লম্বীদা চংশিনবগুম অশিংবা মীশিংনা— মহাভাবতকী শ্রবণদা চংশিল্লি, মরমদি মাসিদা য়াওরিবা ৱারীশিং অসি যজরবা অঙকপনা তিল্লবা পদ অমদি অর্থতনা তিল্লবা ৱারেংতনা লেংবনি ॥ ৩৫ ॥ সংসাবদা খংদবা যাদবা পোৎকী মহুংদা আত্মা অমদি নুংশিরবা পোৎশিংগী মহুংদা খ্বাইদগী নুংশিগদবা পোক্তি মীওইবগী পুনশিনা ওইবগুম পুবাণ থিবিব্ধী মনুংদা খ্বাইদগী পাদবা য়াদবা পুরাণদি মহাভারতনি, মরমদি ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ মরি অসি পুরাণ অসিতনা পীবা ঙম্মি ॥ ৩৬ ॥ কনাগুম্বনা ইচা চাদনা কুইনা লৈবা ঙমদবগুম মহাভারততা আশ্রয় লৌদনা পৃথিবীদা করিগুম্বা ৱারী অমত্তা লৈবা ঙমদে ॥ ৩৭ ॥ চাওখৎপা অমদি লন-থুম পাম্বগী লাইশিংগা মরল-মথুম লৈবা অচৌ-অশাং অমদি শাগৈ-জাৎ ফবগী সেবা তৌহনা হিজবগুম কবিশিংনা মহাভারততা চংজদুনা মথৱাই হিংলি ॥ ৩৮ ॥ অয়াম্বা লৌকিক অমদি বৈদিক ভাষানা স্বর অমদি ব্যঞ্জনগী মথক্তা চানদুনা লৈজবা অদুগুম অধ্যাত্মিক-বিদ্যাগী অথোইবা বুদ্ধিনা মহাভারত পুবাণগী মথক্তা নন্দুনা লৈজবনি ॥৩৯ ॥ মহাভারত পুরাণদা ইরিবা অধ্যাত্মিক-বিদ্যাগী ৱারীশিং অসিগী শ্লোক পুংমক নিংথিজবা পদ অমদি পর্ব্বশিংতনা অঙকপা ফংনা লেংখিবনি, মসিগী মনুংদা প্রকৃতি পুরুষ অনিগী কুপ্পবা বিষয়বু ৱারী শিংবুন্দা লেংখ্রবনি, গ্রন্থ অসিগী মহুংদা ধর্ম্মগী ৱারী অমদি বেদগী বিয়বশিংনা লৈজেং ওইনা য়্যাওব্রিবনি, ময়াম পুম্বনা মহাভারতকী ৱারীশিং অসি তাবিয়ু। অনুক্রমণিকা কৌবা অধ্যায়দি লীজখ্রে, হন্দক্তি পর্ব্বসংগ্রহ কৌবা অধ্যায় লীজরগে ॥ ৪০-৪১ ॥

পৌষ্যং পৌলোমমাস্তীকম্ আদিবংশাবতারণম্ । ততঃ সম্ভবপর্বোক্তম্ অদ্ভুতং রোমহর্ষণম্ ॥৪২॥
দাহো জতুগৃহস্যাত্র হৈড়িম্বং পর্ব্ব চোচ্যতে । ততো বকবধঃ পর্ব পর্ব চৈত্ররথং ততঃ ॥৪৩॥
ততঃ স্বয়ংবরো দেব্যাঃ পাঞ্চাল্যাঃ পর্ব চোচ্যতে । ক্ষাত্রধর্ম্মেণ নির্জিত্য ততো বৈবাহিকং স্মৃতম্ ॥ ৪৪ ॥
বিদুরাগমনং পর্ব রাজ্যলাভস্তথৈব চ । অর্জ্জুনস্য বনে বাসঃ সুভদ্রাহরণং ততঃ ॥ ৪৫ ॥
সুভদ্রাহরণাদূর্দ্ধং জ্ঞেয়ং হরণহারিকম্ । ততঃ খাণ্ডবদাহাখ্যং তত্রৈব ময়দর্শনম্ ॥৪৬॥
সভাপর্ব্ব ততঃ প্রোক্তং মন্ত্রপর্ব্ব ততঃ পরম্ । জরাসন্ধবধঃ পর্ব্ব পর্ব্ব দিগ্বিজয়ং তথা ॥৪৭॥
পর্ব দিগ্বিজয়াদূর্দ্ধং রাজসূয়িকমুচ্যতে । ততশ্চার্ঘাভিহরণং শিশুপালবধস্ততঃ ॥৪৮॥
দ্যূতপর্ব ততঃ প্রোক্তম্ অনুদ্যূতমতঃ পরম্ । তত আরণ্যকং পর্ব কির্ম্মীরবধ এব চ ॥৪৯॥
অর্জ্জুনস্যাভিগমনং পর্ব জ্ঞেয়মতঃ পরম্ । ঈশ্বরার্জ্জুনয়োর্যুদ্ধং পর্ব কৈরাতসংজ্ঞিতম্ ॥৫০॥
ইন্দ্রলোকাভিগমনং পর্ব জ্ঞেয়মতঃ পরম্ । নালোপাখ্যানমপি চ ধর্ম্মিষ্ঠং করুণোদয়ম্ ॥৫১॥
তীর্থযাত্রা ততঃ পর্ব কুরুরাজস্য ধীমতঃ । জটাসুরবধঃ পর্ব যক্ষযুদ্ধমতঃ পরম্ ॥৫২॥
নিবাতকবচৈর্যুদ্ধং পর্ব চাজগরং ততঃ । মার্কণ্ডেয়সমাস্যা চ পর্ব্বানন্তরমুচ্যতে ॥৫৩॥
সংবাদশ্চ ততঃ পর্ব দ্রৌপদীসত্যভামযোঃ । ঘোষযাত্রা ততঃ পর্ব মৃগস্বপ্নোদ্ভবং ততঃ ॥৫৪॥

---

অহানবদা পৌষ্য, পৌলোম, অমদি আস্তীক কৌবা ৱারী মতাং অহুম থৈরি, অতুগী মতুংদা আদি বংশ পুথরক্লি, অদুগী মতুংদা অমুক অঙকপা, পুক্লিং ভুজু'নিঙাই ওইরবা সম্ভব-পর্ব্ব কৌবা মতাং লাকলি ॥ ৪২ ॥

চাশং মৈ থাবা, হিংচাবী হিডিম্বাগী ৱারি, অদুগী মতুংদা বকাসুরগী অদুগী মতুংদা চিত্ররথ গন্ধর্ব্বগী ৱারী য়াওরি ॥ ৪৩ ॥ অদুগী মতুংদা দ্রৌপদীগী স্বয়ম্বর, অদুগী মথংদা ক্ষত্রিয়গী নিয়মগী মতুং ইন্না য়েক্নবাশিংবু জয় তৌরগা পাণ্ডবশিংগী মথং মথং বিবাহগী ৱারী যাওরি ॥ ৪৪ ॥ অদুগী মতুংদা বিদুরনা লাকপা, পাণ্ডবশিংনা লৈবাক ফংবা, অর্জ্জুন বনবাস অমদি সুভদ্রা হরণগী মতাং মথংশিংনা লাকলি ॥ ৪৫ ॥ অদুগী মতুংদা সুভদ্রাহরণগী মথংদা যৌতুকাহরণ, অদুগী মথংদা খাণ্ডব মৈথাবা অমসুং লোইরগা ময়দানব উনবা মতাং লাকলি ॥ ৪৬ ॥ অদুগী মতুংদা সভাপর্ব্ব রাজসূয় যজ্ঞগী ৱা তানবা, অদুগী মথংদা জরাসন্ধবধগী মথংদা পাণ্ডবশিংগী দিগ্‌বিজয়গী ৱারী য়াওরি ॥ ৪৭ ॥

দিগ্‌বিজয় মথংদা রাজসূয় যজ্ঞগী ৱারি, অদুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণদা ফুলচন্দন কৎপা অদুগী মতুংদা শিশুপাল বধগী মতাং লাকই ॥৪৮॥ অদুগী মতুংদা অমুকস্থ চৌবর শানবগী ৱারি, অদুগী কির্ম্মী-বধগী মতাং লাকই ॥৪৯॥ তপস্যাগীদমক্তা অর্জ্জুননা হিমালয় চৎপা, মফম অদুদা মহাদেব অর্জ্জুন অনিগী লাল মাদুগী মতাংনা কিরাতপর্ব্ব কৌবা মতাং অসি লাকই ॥৫০॥ অর্জ্জুননা ইন্দ্রলোক্তা চৎপা অদুগী মতুংদা নলগী ৱারি য়াওরি ৱারি অসি করুণ রসগী ভাব পোকই ॥৫১॥ অদুগী মতুংদা যুধিষ্ঠিরগী তীর্থ-যাত্রা অদুদগী জটাসুর হাৎপগী মতাং অদুগী মতুংদা ভীমগা যক্ষশিংগা তৌনবা লালগী মতাং লাকই ॥৫২॥ নিবাত-কবচশিংগা শোক্নবা লাল, লাইরেনগী মশক লৌরবা নহুষ নিংথৌগী ৱারি, অদুগী মতুংদা মার্কণ্ডেয় ঋষিগা পাণ্ডবকা উনবগী ৱারি মথশিংনা য়াওই ॥৫৩॥ অদুগী মতুংদা

ব্রীহিদ্রৌণিকমাখ্যানমৈন্দ্রদ্যুম্নং তথৈব চ। দ্রৌপদীহরণং পর্ব জয়দ্রথবিমোক্ষণম্ ॥৫৫॥
পতিব্রতায়া মাহাত্ম্যং সাবিত্র্যাশ্চৈবমদ্ভুতম্। রামোপাখ্যানমত্রৈব পর্ব জ্ঞেয়মতঃ পরম্।
কুণ্ডলাহরণং পর্ব ততঃ পরমিহোচ্যতে ॥ ৫৬ ॥
আরণেয়ং ততঃ পর্ব বৈরাটং তদনন্তরম্। পাণ্ডবানাং প্রবেশশ্চ সময়স্য চ পালনম্ ॥৫৭॥
কীচকানাং বধঃ পর্ব পর্ব গোগ্রহণং ততঃ। অভিমন্যোশ্চ বৈরাট্যা পর্ব বৈবাহিকং স্মৃতম্ ॥ ৫৮॥
উদ্যোগপর্ব বিজ্ঞেয়ম. অত ঊর্দ্ধং মহদ্ভুতম্। ততঃ সঞ্জয়-যানাখ্যং পর্ব জ্ঞেয়মতঃ পরম্ ॥৫৯॥
প্রজাগরস্তথা পর্ব ধৃতরাষ্ট্রস্য চিন্তয়া। পর্ব সানৎসুজাতং বৈ গুহ্যমধ্যাত্মদর্শনম্ ॥৬০॥
যানসন্ধিস্ততঃ পর্ব ভগবদ্যানমেব চ। মাতলীয়মুপাখ্যানং চরিতং গালবস্য চ ॥৬১॥
সাবিত্রং বামদেবঞ্চ বৈণ্যোপাখ্যানমেব চ। জামদগ্ন্যমুপাখ্যানং পর্ব ষোড়শরাজিকম্ ॥৬২॥
সভাপ্রবেশঃ কৃষ্ণস্য বিদুলাপুত্রশাসনম্। প্রত্যাখ্যানঞ্চ কৃষ্ণস্য বিদুলাপুত্রদর্শনম্ ॥৬৩॥
উদ্যোগঃ সৈন্যনির্যাণং শ্বেতোপাখ্যানমেব চ। জ্ঞেয়ং বিবাদপর্বাত্র কর্ণস্যাপি মহাত্মনঃ ॥৬৪॥
মন্ত্রস্য নিশ্চয়ং কৃত্বা কার্যস্য চ বিচিন্তনম্। কীর্ত্ত্যতে চাম্বোপাখ্যানং সৈনাপত্যেঽভিষেচনম্ ॥৬৫॥

---

দ্রৌপদীগা সত্যভামাগা ৱারি শানবগী মতাং দুর্যোধনচিংবা ধৃতরাষ্ট্রমচাশিংগী ঘোষ যাত্রা অদুগী মতুংদা যুধিষ্ঠিরগী মৃগ-স্বপ্নগী মতাং মথংশিংনা য়াওরি ॥৫৪॥ ব্রীহি দ্রৌণিক কৌবা মতাং ইন্দ্র-দ্যুম্নগী ৱারি, জয়দ্রথনা দ্রৌপদী হুইনা পুবগী মতাং অমসুং অদুগী মতুংদা জয়দ্রথবু থাদোকপগী মতাং মথংশিংনা যাওরি ॥৫৫॥

মপুরোইবা নিংলবী সাবিত্রীগী অঙকপা ফংলবা মতিক মগুণগী ৱারি রামগী মতাং অদুগী মতুংদা ইন্দ্রনা কর্ণগী কুণ্ডল লৌখিবগী মতাং মথংশিংনা য়াওরি ॥৫৬॥ অতুগী মতুংদা অরণী হুবা, অমদগী বিরাটপর্ব অমুদগী বিরাট নগরদা পাণ্ডবশিংনা চংলকপা অতুদগী চহি অমা চুপ্পা লোৎতুনা লৈরবী মতাং মথংশিংনা লাকই ॥৫৭॥ অমুদগী কীচক হাৎপগী মতাং অদুদগী ষণ খোম্বগী মতাং অদুদগী উত্তরাগা অভিমন্যুগা অনিগী লুহোংবগী মতাং লাকই ॥৫৮॥ অদুগী মতুংদা থোই-দোক্লা অঙকপা ফংলবা উদ্যোগপর্ব্ব অদুগী মথংদা পাণ্ডবশিংগী মফমদা সঞ্জয়না লাকপগী মতাং মথং মথং লাকই ॥৫৯॥ অদুগী মতুংদা চিন্তা তৌরবা ধৃতরাষ্ট্রগী মিকপ থোরকপগী মতাং অদুগী মথংদা থুপলবা অধ্যাত্মিক জ্ঞান পোক্লবগী মশক ওইরবা সনৎসুজাতগী মতাং লাকই ॥৬০॥ অদুগী মতুংদা সন্ধি তৌননবা হোৎনরকপগী মতাং দুর্যোধননচিংবগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণনা লাকপা অমসুং অদুগী মথংদা মাতলিগী ৱারি অমুদগী গালবগী চরিত্র মথংশিংনা ইরি ॥ ৬১ ॥ সাবিত্র, বামদেব, বৈন্যগী ৱারী অমসুং অতুগী মথংদা পরশুরাম অমদি নিংথৌ মচা তরা তরুক্কী ৱারী মথং মথং ইরি ॥ ৬২ ॥ ধৃতরাষ্ট্রগী সভাদা শ্রীকৃষ্ণনা চংলকপা, বিদুলানা মচাদা পীবা পাউতাক, কৌরবশিংনা শ্রীকৃষ্ণনা হায়বদা য়াদবা অমদি ভাম্বোকপগী মতাং অমসুং অমুগী মথংদা বিদুলাগা মচাগা উনবগী মতাং ইরি ॥৬৩॥ লাল শোক্লনবা হোৎনরকপা, হস্তিনাপুরদগী লাশ্মী ময়াম থোরকপগী মতাং শ্বেতগী ৱারী অমসুং কৃষ্ণগা কর্ণগা ভাংনরকপা য়েৎনরকপগী মতাং ইরি ॥ ৬৪ ॥ মুন্না ৱা তান্নহুনা তৌগদোবা

শ্বেতস্য বাসুদেবেন চিত্রং বহুকথাশ্রয়ম্। নির্যাণঞ্চ ততঃ পর্ব কুরুপাণ্ডবসেনয়োঃ ॥৬৬॥
রথাতিরথসংখ্যা চ পর্বোক্তং তদনন্তরম্। উলূকদূতাগমনং পর্বামর্ষবিবর্দ্ধনম ॥৬৭॥
অম্বোপাখ্যানমত্রৈব পর্ব জ্ঞেয়মতঃ পরম্। ভীষ্মাভিষেচনং পর্ব ততশ্চাদ্ভুতমুচ্যতে ॥৬৮॥
জম্বুখণ্ডবিনির্ম্মাণঃ পর্বোক্তং তদনন্তরম্। ভূমিপর্বততঃ প্রোক্তং দ্বীপবিস্তারকীর্ত্তনম ॥৬৯॥
পর্বোক্তং ভগবদ্গীতা পর্ব্ব ভীষ্মবধস্ততঃ। দ্রোণাভিষেচনং পর্ব্ব সংশপ্তকবধস্ততঃ ॥৭০॥
অভিমন্যুবধঃ পর্ব্ব প্রতিজ্ঞাপর্ব্ব চোচ্যতে। জয়দ্রথবধঃ পর্ব্ব ঘটোৎকচবধস্ততঃ ॥৭১॥
ততো দ্রোণবধঃ পর্ব্ব বিজ্ঞেয়ং লোমহর্ষণম্। মোক্ষো নারায়ণাস্ত্রস্য পর্বানন্তরমুচ্যতে ॥৭২॥
কর্ণপর্ব্ব ততো জ্ঞেয়ং শল্যপর্ব্ব ততঃ পরম্। হ্রদপ্রবেশনং পর্ব্ব গদাযুদ্ধমতঃ পরম্ ॥৭৩॥
সারস্বতং ততঃ পর্ব্ব তীর্থবংশানুকীর্ত্তনম্। অত উর্দ্ধং সুবীভৎসং পর্ব্ব সৌপ্তিকমুচ্যতে ॥৭৪॥
ঐষীকং পর্ব্ব চোদ্দিষ্টম্ অত উর্দ্ধং সুদারুণম্। জলপ্রদানিকং পর্ব স্ত্রীবিলাপস্ততঃ পরম্ ॥৭৫॥
শ্রাদ্ধপর্ব্ব ততো জ্ঞেয়ং কুরূণামৌর্দ্ধদেহিকম্। চার্ব্বাকনিগ্রহঃ পর্ব রক্ষসো ব্রহ্মরূপিণঃ ॥৭৬॥
আভিষেচনিকং পর্ব্ব ধর্ম্মরাজস্য ধীমতঃ। প্রবিভাগো গৃহাণাঞ্চ পর্ব্বোক্তং তদনন্তরম্ ॥৭৭॥

---

মথো লেপ্পহনা সেনাপতি হাপ্পগী মতাং ইরি ॥ ৬৫ ॥ কৃষ্ণগা শ্বেতগা অঙকপা ফংন ডাংনরকপা অহগী মথংদা কুরুগী মাম্মাগা পাণ্ডবকী লাম্মী থোকনরকপগী মতাং মথংশিংনা ইরি ॥৬৬॥ অদুগী মথংদা রথী অমস্তুং অতিরথীগী মশিং থীনবা অদুগা মথংদা পাণ্ডবশিংগী সভাদা উলুক কৌবা রাজদূত লাকপগী মতাং য়াওরি, দূত অদ্রনা লাকপদা অমস্তুং মাগী মবা তাবদা পাণ্ডবশিংগী অশাওবা হেনগংথিবগী মতাং মথংশিংনা ইরি ॥ ৬৭ ॥ অম্বাগী ৱারী অদুগী মথংদা ভীষ্মবু সেনাপতি হাপ্পগী অঙকপা অমদি মংডাঙ্গইরবা ৱারী ইরি ॥ ৬৮ ॥ জম্বুখণ্ড শেমখিবগী ৱারী অদুগী মথংদা ভূমিপর্ব্ব কৌবা পৃথিবীগী মওং মতৌ বর্ণন তৌবগী মতাং, অদুগী মথংদা দ্বীপ পুম্মক পোকখিবগী মতাং মথং মথং ইবি ॥ ৬৯ ॥ অদুগী মতুংদা ভগবদ্গীতা পর্ব্ব, অদুগী মথংদা ভীষ্ম বধ অদুগী মথংদা দ্রোণবু সেনাপতি হাপ্পা অদুগী মথংদা সংশপ্তক কৌবা লাম্মী মপৈবু হাৎপগী মতাং মথং মথং ইরি ॥ ৭০ ॥ অভিমন্যু তুবা, জযদ্রথবু হাৎকে হাযদুনা অর্জ্জুন্না ৱাশকপা অমদি হাৎপা অদুগী মথংদা ঘটোৎকচ হাৎপগী মতাং মথং মথংশিংনা ইরি ॥ ৭১ ॥ অদুগী মথংদা তুজুংলবা দ্রোণ হাৎপগী মতাং অদুদগী অশ্বত্থামানা নারায়ণ অস্ত্র কাপ্পগী মতাং মথং মথং ইরিবনি ॥৭২॥ অদুগী মতুংদা কর্ণপর্ব্ব, শৈল্য পর্ব্ব অদুদগী দুর্যোধননা দ্বৈপায়ন হ্রদদা লোংথিবগী মতাং অদুদগী ভীমগা দুর্যোধনগা অনিগী গদাগী লাল গদা পর্ব্ব কৌবা মতাং ইরি ॥ ৭৩ ॥

অদুগী মতুংদা সরস্বতী নদীগী মতিক মগুণ বর্ণন তৌবগী মতাং অদুদগী তীর্থশিং অমদি, বংশ ময়াম লীবগীমতাং অদুগী মথংদা তাবদা হঙ্গোইববা সৌপ্তিকপর্ব্ব কৌবা মথং ইরি ॥ ৭৪ ॥ অদুগী মতুংদা অকীবগী মশক ঐষীক পর্ব্ব অদুগী মতুংদা লালদা শিখিবশিংগীদমক্ত তর্পন তৌবগী মতাং অদুগী মতুংদা স্ত্রীপর্ব্ব মথং মথং ইরি ॥ ৭৫ ॥ অদুগী মতুংদা লালদা শিখিবা কৌরবশিংগী শ্রাদ্ধনচিংবা শোনবগী মতাং, অদুগী মতুংদা ব্রাহ্মণগী মশক লৌরবা নাস্তিকহিংচাবম্ব য়ৈথবগী মতাং ইরি হাফনা থংবিগদৌবনি ॥৭৬॥

শান্তিপর্ব্ব ততো যত্র রাজধর্ম্মানুশাসনম্। আপদ্ধর্ম্মশ্চ পর্ব্বোক্তঃ মোক্ষধর্ম্মস্ততঃ পরম্ ॥৭৮॥
শুকপ্রশ্নাভিগমনং ব্রহ্মপ্রশ্নানুশাসনম্। প্রাদুর্ভাবশ্চ দুর্বাসঃ-সংবাদশ্চৈব মায়য়া ॥৭৯॥
তত পর্ব পরিজ্ঞেয়মানুশাসনিকং পরম্। স্বর্গারোহণিকঞ্চৈব ততো ভীষ্মস্য ধীমতঃ ॥৮০॥
ততোঽশ্বমেধিকং সর্বপাপপ্রণাশনম্। অনুগীতা ততঃ পর্ব জ্ঞেয়মধ্যাত্মবাচকম্ ॥৮১॥
পর্ব চাশ্রমবাসাখ্যং পুত্রদর্শনমেব চ। নারদাগমনং পর্ব ততঃ পরমিহোচ্যতে ॥৮২॥
মৌসলং পর্ব চোদ্দিষ্টং ততো ঘোরং সুদারুণম্। মহাপ্রাস্থানিকং পর্ব স্বর্গারোহণিকং ততঃ ॥৮৩॥
হরিবংশস্ততঃ পর্ব পুরাণং খিলসংজ্ঞিতম্। বিষ্ণুপর্ব্ব শিশোশ্চর্য্যা বিষ্ণো কংসবধস্তথা ॥৮৪॥
ভবিষ্যং পর্ব চাপ্যুক্তং খিলেষ্বেবাদ্ভুতং মহৎ। এতৎ পর্ব্বশতং পূর্ণং ব্যাসেনোক্তং মহাত্মনা ॥৮৫॥
যথাবৎ সূতপুত্রেণ লোমহর্ষণিনা ততঃ। উক্তানি নৈমিষারণ্যে পর্ব্বাণ্যষ্টাদশৈব তু ॥৮৬॥
সমাসো ভারতস্যায়মত্রোক্তঃ পর্ব্বসংগ্রহঃ। পৌষ্যং পৌলোমমাস্তীকমাদিবংশাবতারণম্ ॥৮৭॥

---

অদুগী মথংদা ধর্ম্ম অমদি বুদ্ধি লৈরবা যুধিষ্ঠির মহারাজগী অভিষেক্ অদুগী মথংদা পাণ্ডবশিংগী মাগী মাগী লৈবাক শরুক য়েন্নবগী মতাং ইরি ॥ ৭৭ ॥ অদুগী মতুংদা শান্তিপর্ব্ব, শান্তিপর্ব্ব অসিদা রাজধর্ম্ম, আপদ্ধর্ম্ম অমদি মোক্ষ ধর্ম্ম অদুম অসিগী কান্নরবা পাউতাক মথংশিংনা য়াওরিবনি ॥৭৮॥ রাজর্ষিজনককী মফমদা শুকদেবনা হংখিবা বাহং, ব্রহ্মাগী বাহংগী পাউখুম, দুর্ব্বাসা পোকপগী মতাং অমসুং দুর্ব্বাসাগা মায়াগা ভাংনরকপগী মতাং মথংশিংনা ইরি ॥ ৭৯ ॥ অদুগী মতুংদা অনুশাসনগী পর্ব্ব, অদুদগী ভীষ্মগী স্বর্গারোহণগী মতাং ইরি ॥ ৮০ ॥ অদুগী মথংদা তাবদা পাপ পুম্নমক কোক্লনবগী মশক ওইরবা অশ্বমেধ যজ্ঞগী মতাং, অদুদগীদি আধ্যাত্মিক জ্ঞান পোক্লবগী মশক ওইবা অনুগীতা কৌবা মতাং ইরি ॥ ৮১ ॥ অদুগী মতুংদা আশ্রমবাস কৌবা মতাং, ব্যাসনা মচা ধৃতরাষ্ট্র উনব লাকপগী মতাং অদুগী মতুংদা যুধিষ্ঠিরগী মফমদা নারদনা লাকপগী মতাং য়াওরিবনি ॥ ৮২ ॥ অদুগী মতুংদা অকীবগী মশক ফংলবা তমথিরবা মৌসল পর্ব্ব অদুগী মতুংদা মহাপ্রস্থান কৌবা মতাং অদুদগীদি স্বর্গারোহণ কৌবা মতাং লাকলে ॥ ৮৩॥ অদুগী মতুংদা খিল কৌবা হরিবংশ পুরাণ, হায়রিবা পুরাণ অসিগী অহানবা মতাংদা শ্রীনারায়ণগী বারী, শ্রীকৃষ্ণগী বাল্যচরিত্র অদুগী মতুংদা কংশবধগী বারি ইরি ॥ ৮৪ ॥ অদুগী মতুংদা হরিবংশ অসিদা অঙকপা ফংলবা ভবিষ্য পর্ব্ব কৌবা তুংদা থোক্লগদৌবা বামতাং য়াওরি। মতৌ অসুম্না বেদব্যাসনা পর্ব্ব চামবু মহাভারত অসিদা ইথ্রবনি ॥ ৮৫ ॥ অদুগী মতুংদা লোমহর্ষণগী মচা সৌতিনা নৈমিষারণ্যদা নিয়ম কাযদনা মক ওইবা পর্ব্ব তরানিপালদং থল্লগা পর্ব্ব তরানিপালনা শাবা মহাভারতপু লীখি ॥ ৮৬ ॥ মহাভারতগী মচি ওইবা শরুক্তা লৌথকুনা লেংখিবা অনুক্রমণিকা কৌবা অধ্যায় অদু লীখ্রবনি। হন্দক্না পর্ব্ব সংগ্রহ কৌবা অনিশুবা অধ্যায় অদু হায়রি। আদি পর্ব্বদা পৌষ্য, পৌলোম আস্তীক, ইহান হনবা বংশনা ওইরকপা, ধৃতরাষ্ট্রনচিংবনা পোক্লকপগী মতাং, চাশংমৈথাবা, ছিডিম্ব হাৎপগী মতাং, বকাসুর হাৎপা, চিত্ররথগী বারী, দ্রৌপদীগী স্বয়ম্বর, ক্ষত্রিয়গী নিয়মগী মতুং ইন্না য়েরুবাশিংবু ভৃন্নগা দ্রৌপদীবু লুহোংবনা লোবা, যুধিষ্ঠিরগী মনাক্তা বিদুরনা লাকপা, যুধিষ্ঠিরনা লৈপাক ফংবা, অর্জ্জুনগী বনবাস,

সম্ভব্যো জতুবেশ্মাখ্যং হিড়িম্ববকয়োর্ব্বধঃ। তথা চৈত্ররথং দেব্যাঃ পাঞ্চাল্যাশ্চ স্বয়ংবরঃ ॥৮৮॥
ক্ষাত্রধর্ম্মেণ নির্জ্জিত্য ততো বৈবাহিকং স্মৃতম্। বিদুরাগমনঞ্চৈব রাজ্যলাভস্তথৈব চ ॥৮৯॥
বনবাসোঽর্জ্জুনস্যাপি সুভদ্রাহরণং ততঃ॥ হরণাহরণঞ্চৈব দহনং খাণ্ডবস্য চ ॥৯০॥
ময়স্য দর্শনঞ্চৈব আদিপর্ব্বণি কথ্যতে। পৌষ্য পর্ব্বণি মাহাত্ম্যমুতঙ্কস্যোপবর্ণিতম ॥৯১॥
পৌলোমে ভৃগুবংশস্য বিস্তারঃ পরিকীর্ত্তিতঃ। আস্তীক সর্ব্বনাগানাং গরুড়স্য চ সম্ভব ॥৯২॥
ক্ষীরোদমথনঞ্চৈব জন্মোচ্চৈঃশ্রবসস্তথা। যজতঃ সর্পসত্রেণ রাজ্ঞঃ পারীক্ষিতস্য চ ॥৯৩॥
কথেয়মভিনির্বৃত্তা ভারতানাং মহাত্মনাম্। বিবিধাঃ সম্ভবা রাজ্ঞামুক্তাঃ সম্ভবপর্ব্বণি ॥৯৪॥
অন্যেষাঞ্চৈব শূরাণামৃষের্দ্বৈপায়নস্য চ। অংশাবতরণঞ্চাত্র দেবানাং পরিকীর্ত্তিতম ॥৯৫॥
দৈত্যানাং দানবানাঞ্চ যক্ষাণাঞ্চ মহৌজসাম্। নাগানামথ সর্পাণাং গন্ধর্ব্বাণাং পতত্রিণাম্ ॥৯৬॥
অন্যষাঞ্চৈব ভূতানাং বিবিধানাং সমুদ্ভবঃ। মহর্ষেরাশ্রমপদে কণ্বস্য চ তপস্বিনঃ ॥৯৭॥
শকুন্তলায়াং দুষ্মন্তাদ্ভরতশ্চাপি জজ্ঞিবান। যস্য লোকেষু নাম্নেদং প্রথিতং ভারতং কুলম ॥৯৮॥
বসূনাং পুনরুৎপত্তির্ভাগীরথ্যাং মহাত্মনাম্। শান্তনোর্বেশ্মনি পুনস্তেষাং চারোহণং দিবি ॥৯৯॥
তেজোংশানাঞ্চ সম্পাতো ভীষ্মস্যাপাত্র সম্ভবঃ। রাজ্যান্নিবর্ত্তনং তস্য ব্রহ্মচর্য্যব্রতে স্থিতি ॥১০০॥
প্রতিজ্ঞাপালনং চৈব রক্ষা চিত্রাঙ্গদস্য চ। হতে চিত্রাঙ্গদে চৈব রক্ষা ভ্রাতুর্যবীয়সঃ ॥১০১॥

---

সুভদ্রাহরণ, যৌতুকহরণ. খাণ্ডবনৈথাবা, অমদি ময়দানবকা উনবা, অসিনচিংবা মথং মথং হায়খি। পৌষ্য পর্ব্বদা অমুক উতঙ্কগী মতিক মগুণগী ৱারি অনদি মাহ তাবগী মহৈ, পৌলোমপর্ব্বদা শন্দোক্লা ভৃগুশাগৈনা হৌরবপগী মতাং, আস্তীকপর্ব্বগী মম্নংদা অচৌবা লিল পূম্নমক্কী পোকপগী ৱারী অমদি গরুড পোকপগী ৱারী হায়খি। অতগী মতুংদা ক্ষীরসমুদ্র নৈবগী মতাং, অমদগী উচ্চৈঃশ্রবা পোকপগী মতাং ইখি। পরীক্ষিৎকী মচা জনমেজয়গী লিলগী যজ্ঞদা মহাভারতকী য়াওরিবা মহাত্মাশিংগী ৱারী মথং মথং লৌখিবনি, অদুগা সম্ভবপর্ব্বদা নিংথৌশিংগী পোকপগী ৱারী মথং মথং হায়খি। ৮৭-৯৪॥ অতোপ অতোপ্পা অকনবশিংগী মপোক মহর্ষিবেদব্যাসবী মপোক্কী ৱারী অদুগা মর্ত্ত্যলোক্তা দেবতাশিংনা অংশ অমমম পুম্না কুমথরবপগী ৱারী যাওরি ॥ ৯৫॥ দৈত্য, দানব, যক্ষ, নাগ সর্প, গন্ধর্ব্ব, অচৌ অচৌবা উচেক অমদি অতোপ অতোপ্পা জীব পূম্বগী ৱারী য়াওরি ॥ ৯৬॥ অমগী মতুংদা অতোপ অতোপ্পা জীব পুম্নমক্লা থোকলবপগী ৱারী, তপস্যা কল্লবা মহর্ষি কণ্বগী আশ্রমদা দুষ্মন্তগী ঔরসদগী শকুন্তলাগী গর্ভদা ভরত পোকপগী ৱারী যাওখিবনি। ভরত অদুগী মমিংদগী মরোল অদুমদা লম অসিবু ভরত বংশগী লম হায়বদি ভারতবর্ষ হায়না ফাওরিবনি ॥ ৯৭-৯৮॥ শান্তনু মহারাজগী যুমদা গঙ্গাগী গর্ভদগী মহাত্মা ওইরবা বসুসিং পোকলকপা অমগা মখোয়না স্বর্গদা অমুক চৎখিবা অদুগী ৱারী ইরিবনি॥ ৯৯॥ শান্তনুগী যুমদা হায়খিবাবসুশিং অদুগা তেজদগী ভীষ্ম পোকখিবনি অদুগুম্বা ভীষ্মনা মতম কুইনা নিংথৌ ওইবা পামদনা ব্রহ্মচারীগী ব্রতবু ভাকখিবা অদুদগী মশক ভাক্তনা চিত্রাঙ্গদবু যোকখিবা, গন্ধর্ব্বগী লান্দা চিত্রাঙ্গদনা শিপ্রবদা মনাওনিপা ইতোন তোনবা বিচিত্র- বীর্য্যবু নিংথৌ হাপ্লিখিবা অদুদগী অনী মাণ্ডব্য ঋষিগী শাপতগী ধর্ম্মমক্লা মীগী মশক লৌদ্রনা

বিচিত্রবীর্য্যস্য তথা রাজ্যে সম্প্রতিপাদনম্ । ধর্ম্মস্য নৃষু সম্ভূতিরণীমাণ্ডব্যশাপজা ॥১০২॥ ( যুগ্মকম্ )

কৃষ্ণদ্বৈপায়নাচ্চৈব প্রসূতির্ব্বরদানজা । ধৃতরাষ্ট্রস্য পাণ্ডোশ্চ পাণ্ডবানাঞ্চ সম্ভবঃ ॥১০৩॥

বারণাবতযাত্রা চ মন্ত্রো দুর্য্যোধনস্য চ । কূটস্য ধার্ত্তরাষ্ট্রেণ প্রেষণং পাণ্ডবান্ প্রতি ॥১০৪॥

হিতোপদেশশ্চ পথি ধর্ম্মরাজস্য ধীমতঃ । বিদুরেণ কৃতো যত্র হিতার্থং ম্লেচ্ছভাষয়া ॥১০৫॥

বিদুরস্য চ বাক্যেন সুরঙ্গোপক্রমক্রিয়া । নিষাদ্যাঃ পঞ্চপুত্রায়াঃ সুপ্তায়া জতুবেশ্মনি ॥১০৬॥

পুরোচনস্য চৈবাত্র দহনং সম্প্রকীর্ত্তিতম্ । পাণ্ডবানাং বনে ঘোরে হিড়িম্বায়াশ্চ দর্শনম্ ॥১০৭॥ (যুগ্মকম্)

তত্রৈব চ হিড়িম্বস্য বধো ভীমান্মহাবলাৎ । ঘটোৎকচস্য চোৎপত্তিরত্রৈব পরিকীর্ত্তিতা ॥১০৮॥

মহর্ষের্দর্শনঞ্চৈব ব্যাসস্যামিততেজসঃ । তদাজ্ঞয়ৈকচক্রায়াং ব্রাহ্মণস্য নিবেশনে ॥১০৯॥

অজ্ঞাতচর্য্যয়া বাসো যত্র তেষাং প্রকীর্ত্তিতঃ । বকস্য নিধনঞ্চৈব নাগরাণাঞ্চ বিস্ময়ঃ ॥১১০॥ (যুগ্মকম্)

সম্ভবশ্চৈব কৃষ্ণায়া ধৃষ্টদ্যুম্নস্য চৈব হ । ব্রাহ্মণাৎ সমুপশ্রুত্য ব্যাসবাক্যপ্রচোদিতাঃ ॥১১১॥

দ্রৌপদীং প্রার্থয়ন্তস্তে স্বয়ম্বরদিদৃক্ষয়া । পাঞ্চালানভিতো জগ্মুর্যত্র কৌতূহলান্বিতাঃ ॥১১২॥

অঙ্গারপর্ণং নির্জ্জিত্য গঙ্গাকূলেঽর্জ্জুনস্তদা । সখ্যং কৃত্বা ততস্তেন তস্মাদেব চ শুশ্রুবে ॥১১৩॥

---

পোকখিবনি মসি পুমনমক মথং মগং ইশ্রবা পর্ব্ববনি । ১০০-১০২ ॥ অদুগী মতুংদা অমুক অনী-মাণ্ডব্যগী বরদগী ধর্ম্মনা বেদব্যাসকী মচা ওইহনা বিদুর ওইনা থোকখিবা, অদুদগী ধৃতরাষ্ট্র, পাণ্ডু অমদি পাণ্ডুগী মচাশিং পোকপগী ৱারী পর্ব্ব অসিদা লীরিবনি ॥ ১০৩ ॥ পাণ্ডবশিংনা বারনাবতদা চৎখিবা দুর্যোধননা মখোইগী মাংননবা ৱা তানরকপা অমদি পাণ্ডবশিংগী মফমদা দুর্যোধননা নমথাক তৌহনা পাউ থারকপা অদুগী মতাং ইবিবনি ॥ ১০৪ ॥ পাণ্ডবশিংনা বারনাবতগী লম্বীদা লাকপদা বিদুরনা খৱাইনা খংনদবা চংনদবা ৱাহৈনা যুধিষ্ঠিরগী মথমদা মাগী মঙ্গলগীদমক অফবা পাউতাক পীখিবা অদুগী মতাং ইরি ॥ ১০৫ ॥ পাণ্ডবশিংনা চেহ্লোকরকনবা বিদুরগী য়াথংদগী লোম্না লৈমুংদা লম্বী শেমখিবা, মচা মঙাগা লোইননা তুম্লিবী শাদানবগী মতু অমদি ফত্রবা পুরোচন মখোয় তকক্লা মৈদা চাকখিবা, অদুদগী বনদা চেনখিবদা হিড়িম্বা কৌবী হিংচাবীগা পাণ্ডবশিংগা উনখিবা অদুগী মতাং ইরিবনি ।১০৬-১০৭। বন অদুমকী মনুংদা ভীমগী মখুত্তা হিড়িম্ব কৌবা রাক্ষসনা মথৱাই থাখিবা অমদি হিড়িম্বাগী গর্ভদগী ঘটোৎকচ পোকখিবা অদুগী মতাং ইবিবনি ॥ ১০৮ ॥ পান্দমনিংঙাই লৈতনা মতিক মগুণ চাওরবা মহর্ষি ব্যাসগা পাণ্ডবশিংগা বনদা উনখিবা অদুগা ব্যাসগী য়াথংদগী একচক্রা কৌবা লমদা বনাগুম্বা ব্রাহ্মণ অমগী য়ুমদা পাণ্ডবশিংনা লোম্না লৈখিবা, মাহদা লৈরিঙৈদা ভীমগী মখুত্তা বক কৌবা হিংচাবনা মথৱাই থাখিবদা লম অদুগী মীশিং হরাউখিবা ঙকখিবা অদুগী মতাং ইরিবনি ॥১০৯—১১০॥ দ্রৌপদী অমদি ধৃষ্টদ্যুম্ন পোকখিবা, অদুগী মথংদা বনাগুম্বা ব্রাহ্মণ অমগী মচিন্দগী দ্রৌপদীগী স্বয়ম্বরগী পাউ তাবদা পঞ্চ পাণ্ডবনা স্বয়ম্বরদু উনিংবা, মাহদা ব্যাসনা মপুক্লিং থৌগৎপিবগা লোইননা চৎলু হায়না য়ারবদা পাণ্ডবশিংনা দ্রৌপদী ফংগে হায়না খন্দুনা পাঞ্চাল দেশ তাম্না চৎখিবা, অদুগা লম্বীদা গঙ্গাগী মপান্দা অর্জ্জুননা আঙ্গারপর্ণ কৌবা নিংথৌবু মায়থিবা

তাপত্যমথ বসিষ্ঠ মৌর্ব্বঞ্চাখ্যানমুত্তমম্। ভ্রাতৃভিঃ সহিতঃ সর্ব্বৈঃ পাঞ্চালানভিতো যযৌ ॥১১৪॥ (কলাপকম্)
পাঞ্চালনগরে চাপি লক্ষ্যং ভিত্বা ধনঞ্জয়ঃ। দ্রৌপদীং লব্ধবানত্র মধ্যে সর্ব্বমহীক্ষিতাম্ ॥ ১১৫॥
ভীমসেনার্জ্জুনৌ যত্র সংরব্ধান্ পৃথিবীপতীন্। শল্যকর্ণৌ চ তরসা জিতবন্তৌ মহামৃধে ॥১১৬॥
দৃষ্ট্বা তয়োশ্চ তদ্বীর্য্যমপ্রমেয়মমানুষম্। শঙ্কমানৌ পাণ্ডবাংস্তান্ রামকৃষ্ণৌ মহামতী ॥১১৭॥
জগ্মতুস্তৈঃ সমাগন্তুং শালাং ভার্গববেশ্মনি। পঞ্চানামেকপত্নীত্বে বিমর্শো দ্রুপদস্য চ ॥১১৮॥ (যুগ্মকম্)
পঞ্চেন্দ্রাণামুপাখ্যানমত্রৈবাদ্ভুতমুচ্যতে। দ্রৌপদ্যা দেববিহিতো বিবাহশ্চাপ্যমানুষঃ ॥১১৯॥
ক্ষত্তুশ্চ ধৃতরাষ্ট্রেণ প্রেষণং পাণ্ডবান্ প্রতি। বিদুরস্য চ সম্প্রাপ্তির্দর্শনং কেশবস্য চ ॥১২০॥
খাণ্ডবপ্রস্থবাসশ্চ তথা রাজ্যার্দ্ধদর্জনম্। নারদস্যাজ্ঞয়া চৈব দ্রৌপদ্যাঃ সময়ক্রিয়া ॥১২১॥
সুন্দোপসুন্দয়োস্তদ্বদাখ্যানং পরিকীর্ত্তিতম্। অনন্তরঞ্চ দ্রৌপদ্যা সহাসীনং যুধিষ্ঠিরম্ ॥১২২॥
অনুপ্রবিশ্য বিপ্রার্থে ফাল্গুনো গৃহ্য চায়ুধম্। মোক্ষয়িত্বা গৃহং গত্বা বিপ্রার্থে কৃতনিশ্চয়ঃ ॥১২৩॥
সময়ং পালয়ন্ বীরো বনং যত্র জগাম চ। পার্থস্য বনবাসে চ উলূপ্যা পথি সঙ্গমঃ ॥১২৪॥ (বিশেষকম্)
পুণ্যতীর্থানুসংযানং বভ্রুবাহনজন্ম চ। তত্রৈব মোক্ষয়ামাস পঞ্চ সোহপ্সরসঃ শুভাঃ ॥১২৫॥

---

পীথনাই মাগা মরূপ শানখিবা, অদুদগী মাগী মফমদগী তপতী, বশিষ্ঠ অমদি ঔর্ব্ব অদুমগী নিংথিরবা ৱারী তারবা তুংদা মচিন-মনাও লোয়ননা অজুননা পাঞ্চাল দেশ তাম্না চৎখিবগী মতাং মথংশিংনা ইরি ॥১১১—১১৪॥ পঞ্চাল নগরদা চত্তুনা অর্জ্জুননা লক্ষ্য কাপ্পুনা অযাম্বা নিংথৌশিংগী মরক্তগী দ্রৌপদীবু ফংখি। ১১৫॥ পাঞ্চাল দেশদা ভীম অর্জ্জুনা হনিনা মপাম্মোমগী পাঙ্গলনো শাউরবা নিংথৌ মপৈবু অমদি শল্য, কর্ণ অনিবু লান্দা মাইথিবা পিখি ॥১১৬॥

মখোইগী পান্দমনিংঙাই লৈত্রবা মপাঙ্গল উবদা পাণ্ডব মশা ওইবত্তাই হায়নচিংনহনা পুকচেল চাউরবা কৃষ্ণ বলরাম অনিনা মখোইবু উনগে হায়দুনা ভার্গব কৌবা চফুশাব নিপা অমগী য়ুমদা চত্তুনা লৈখি। নিপা মশাগী মুপীবু অমতনা করম ওইগদগে হায়বগী মরমদা দ্রুপদনা চিংননা খনখি, অসি পুমমক মথং মথং ইরি ॥ ১১৭-১১৮ ॥ মতাং অসিদা ইন্দ্রমঙাগী ৱারী অমদি দ্রৌপদীগী মরাইবক্ত তমখুত্রবা লোকদা চংনদ্রবা বিবাহ তৌখিবা অদুগী ৱারী ইরি ॥ ১১৯ ॥ ধৃতরাষ্ট্রনা পাণ্ডবশিংগী মফমদা বিদুরবু থাখি, বিদুর মফম অদুদা থুংখি তমহং মফম অদুদা শ্রীকৃষ্ণগী দর্শন ফংখি, অসি পুমনমক পবর্ব অসিদা ইরি। ১২০ ॥ পাণ্ডবশিংনা খাণ্ডব প্রস্থদা লৈখি, ধৃতরাষ্ট্রনা লৈবাক তংখায় অম্না পি অদুগা নারদগী য়াথং মতুংইন্না নিয়ম মতম নাইনা দ্রৌপদীগা লৈমিননবা শীনখি ॥১২১॥ মতাং অস্বাইদা সুন্দ অমসুং উপসুন্দগী ৱারী যাওরি অদুগী মতুংদা নোংমা দ্রৌপদীগা লোয়ননা য়ুধিষ্ঠিরনা অর্জ্জুনগী খুৎলায় থম্বা য়ুম অমদা লৈমিন্নরম্মি, অসোমদা ব্রাহ্মণ অমনসু মহাকীষণ হুরান-বিখরে হায়না তাকপা মতমদা হুরানবহ্র ফানবা খুত্বাগ্ন লোগে চংহুরে, অদুদগী মণ ফাম্বনা ব্রাহ্মণদা পিরম্নগা ভাংনখিবা নিয়মগী মতুং ইন্না অর্জ্জুনা মতোমদা চহি তরানি বন চৎখি, লম্বীদা নাগবংশগী কনাগুম্বী উলুপী কৌবী কন্যা অমগা উনখি ॥ ১২২-১২৪ ॥ অর্জ্জুননা শেংল শেংলবা তীর্থ মফম

শাপাদ্গ্রাহত্বমাপন্না ব্রাহ্মণস্য তপস্বিনঃ। প্রভাসতীর্থে পার্থেন কৃষ্ণস্য চ সমাগমঃ ॥১২৬॥
দ্বারকায়াং সুভদ্রা চ কাময়ানেন কামিনী। বাসুদেবস্যানুমতে প্রাপ্তা চৈব কিরীটিনা ॥১২৭॥
গৃহীত্বা হরণং প্রাপ্তে কৃষ্ণে দেবকিনন্দনে। অভিমন্যোঃ সুভদ্রায়াং জন্ম চোত্তমতেজসঃ ॥১২৮॥
দ্রৌপদ্যাস্তনয়ানাঞ্চ সম্ভবোঽত্রপ্রকীর্ত্তিতঃ। বিহারার্থঞ্চ গতয়োঃ কৃষ্ণয়োর্যমুনামনু ॥১২৯
সম্প্রাপ্তিশ্চক্রধনুষোঃ খাণ্ডবস্য চ দাহনম্। ময়স্য মোক্ষো জ্বলনাদ্ভুজঙ্গস্য চ মোক্ষণম্ ॥১৩০॥
মহর্ষের্মন্দপালস্য শার্ঙ্গ্যাং তনয়সম্ভবঃ। ইত্যেতদাদিপর্ব্বোক্তং প্রথমং বহুবিস্তরম্ ॥১৩১॥
অধ্যায়ানাং শতে দ্বে তু সংখ্যাতে পরমর্ষিণা। সপ্তবিংশতিরধ্যায়া ব্যাসেনোত্তমতেজসা ॥১৩২॥
অষ্টৌ শ্লোকসহস্রাণি অষ্টৌ শ্লোকশতানি চ। শ্লোকাশ্চ চতুরাশীতির্মুনিনোক্তা মহাত্মনা ॥১৩৩॥
দ্বিতীয়ন্তু সভাপর্ব বহুবৃত্তান্তমুচ্যতে। সভাক্রিয়া পাণ্ডবানাং কিঙ্করাণাঞ্চ দর্শনম্ ॥১৩৪॥
লোকপালসভাখ্যানং নারদাদ্দেবদর্শিনঃ। রাজসূয়স্য চারম্ভো জরাসন্ধবধস্তথা ॥১৩৫॥
গিরিব্রজে নিরুদ্ধানাং রাজ্ঞাং কৃষ্ণেন মোক্ষণম্। তথা দিগ্বিজয়শ্চৈব পাণ্ডবানাং প্রকীর্ত্তিতঃ ॥১৩৬॥

---

কয়া বোযখি, অমদগী বভ্রুবাহন পোকখিবা অমদি অর্জ্জুননা ব্রাহ্মণগী শাপতগী অপ্সরা মঙাবু কনখিবগী মতাং ইবিবনি ॥ ১২৫ ॥ হায়রিবা অপ্সরা মঙা অসি মমাংদা তপস্যাকল্লবা ব্রাহ্মণ অমগী শাপতগী ঈশিংদা লৈবা জীব ওন্দুনা লৈখিবনি। প্রভাস তীর্থদা অর্জ্জুনগা কৃষ্ণগা উনখি ॥১২৬॥ দ্বারকাদা অর্জুননা লৈবিদা সুভদ্রাগা অর্জ্জুনগা অমনা অমবু নুংশিনবা অমদি লাংতক্লবা উবদা কৃষ্ণগী অনুমতিদগী অর্জ্জুনগা সুভদ্রাগা লুহোংখি ॥ ১২৭ ॥ দেবকীগী মচা ওইবা বাসুদেবনা অউন পোৎ পুদুনা খাণ্ডব প্রস্থদা থুংখি, খর লৈবগা সুভদ্রাগী গর্ভদগী কল্লবা অভিমন্যু পোকখি ॥১২৮॥ অহগী তুংদা দ্রৌপদীগী মচা মঙা পোকপগী ৱারী ইরি। নোংমা কৃষ্ণগা অর্জ্জুনগা ঈশিংদা শানগে হায়দুনা যমুনাদা চংখিবদা লীকং অমগা চক্র অমগা ফংখিবা অহগী মতাং অদুগী মথংদা ইন্দ্রগী খাণ্ডব বনবু অর্জ্জুননা মৈ থাখিবা, মৈনুংদগী ময় কৌবা দানবপু কনবীখিবা অমদি অশ্বসেন কৌবা লিল অমনা নানথোকখিবা অহগী মতাং মথং মথং ইরি ॥ ১২৯-১৩০ ॥ মহর্ষি মন্দপালগী ঔরসদগী শার্ঙ্গীগী গর্ভদা ঋষি অসিগী মচা পোকখিবা অসিনচিংবা ৱারীশিং অসি অহানবদা আদি-পর্ব্বদা ইখ্রবনি, ৱারীশিং অসি অমমমত ওইনা ইনদুনা লৈরিবনি ॥ ১৩১ ॥ মতিক মগুণ চাওরবা মহর্ষি বেদব্যাসনা আদিপর্ব্বসি অধ্যায় চনিগা কুনতরেৎ ইখ্রবনি ॥ ১৩২ ॥ শ্লোকতনা লিশিংনিপাল চানিপাল-মরিফু মরিনি ॥ ১৩৩ ॥ অনিশুবদা সভা পর্ব্বনি। মাসিদা ৱারী য়ামনা য়াওরি। ৱারীশিং অমদি পাণ্ডবশিংগী রাজসভা ফমনবা য়ুম শাগৎপা, কিঙ্করশিংগা উনবা, দেবতাশিংগা তত্তনা উনরিবা নারদগী মচিন্দগী ইন্দ্রনচিংবা দিকপালশিংগী সভাগৃহ ময়াম শাবগী ৱারী তাবা, রাজসূয় যজ্ঞ তৌননবা হোৎনরকপা, অমদি জরাসন্ধ হাৎপগী মতাং মথং মথং ইদুনা লৈরি ॥ ১৩৪-১৩৫ ॥

জরাসন্ধনা মমাংদা গিরিব্রজ কৌবা মফমদা নিংথৌ কয়ামুক ফাদনা থমখিবা, মখোয়শিং অদুবু কৃষ্ণনা থাদোকপিখিবা অমদি মতুংদা অর্জ্জুননা দিগ্বিজয় চৎখিবা অদুগী মতাং ইরি ॥১৩৬॥

রাজ্ঞামাগমনঞ্চৈব সাহ্যণানাং মহাক্রতৌ। রাজসূয়েঽর্ঘসংবাদে শিশুপালবধস্তথা ॥১৩৭॥
যজ্ঞে বিভূতিং তাং দৃষ্ট্বা দুঃখামর্ষান্বিতস্য চ। দুর্য্যোধনস্যাবহাসো ভীমেন চ সভাতলে ॥১৩৮॥
যত্রাস্য মন্যুরুদ্ভূতো যেন দ্যূতমকারয়ৎ। যত্র ধর্ম্মসুতং দ্যূতে শকুনিঃ কিতবোঽজয়ৎ ॥১৩৯॥
যত্র দ্যূতার্ণবে মগ্নাং দ্রৌপদীং নৌরিবার্ণবাৎ। ধৃতরাষ্ট্রো মহাপ্রাজ্ঞঃ স্নুষাং পরমদুঃখিতাম্ ॥১৪০॥
তারয়ামাস, তাংস্তূর্ণান্ জ্ঞাত্বা দুর্য্যোধনো নৃপঃ। পুনরেব ততো দ্যূতে সমাহ্বয়ত পাণ্ডবান্ ॥ ১৪১॥ (যুগ্মকম্)
জিত্বা স বনবাসায় প্রেষয়ামাস তাংস্ততঃ। এতৎ সর্বং সভাপর্ব্ব সমাখ্যাতং মহাত্মনা ॥১৪২॥
অধ্যায়াঃ সপ্ততির্জ্ঞেয়াস্তথা চাষ্টৌ প্রসংখ্যয়া। শ্লোকানাং দ্বিসহস্রন্তু পঞ্চ শ্লোকশতানি চ ॥১৪৩॥
শ্লোকাশ্চৈকাদশ জ্ঞেয়া পর্ব্বণ্যস্মিন্ দ্বিজোত্তমাঃ। অতঃ পরং তৃতীয়ন্তু জ্ঞেয়মারণ্যকং মহৎ ॥১৪৪॥ (যুগ্মকম্)
বনবাসং প্রয়াতেষু পাণ্ডবেষু মহাত্মসু। পৌরানুগমনঞ্চৈব ধর্ম্মপুত্রস্য ধীমতঃ ॥১৪৫॥
তন্নৌষধীনাঞ্চ কৃতে পাণ্ডবেন মহাত্মনা। দ্বিজানাং ভরণার্থঞ্চ কৃতমারাধনং রবেঃ ॥ ১৪৬॥
ধৌম্যোপদেশাত্তিগ্মাংশুপ্রসাদাদন্নসম্ভবঃ। হিতঞ্চ ব্রুবতঃ ক্ষত্তুঃ পরিত্যাগোঽম্বিকাসুতাৎ ॥১৪৭॥ (যুগ্মকম্)

---

মখল মখা অযাম্বা লোয়পোৎশিংদনা থল্লবা চাউরবা বাজসূয় যজ্ঞদা নিংথৌ ময়ামনা লাকখিবা অদুগা নিংথৌশিংগী মমাংদা শ্রীকৃষ্ণদা অর্ঘদান তৌখিবা অদুগী মতুংদা শিশুপাল হাৎপগী মতাং ইরি ॥১৩৭॥ রাজসূয় যজ্ঞদা যুধিষ্ঠিরগী রাজ সম্পত্তি অমদি ঐশ্বর্য্য উবদা দুর্যোধনগী থমোইদা অৱাবা, সুংঙাইতবা, অশাউবা পোকখিবা অদুগী মথক্তা অমুক ভীমনা সভাগৃহদা লৈবগা দুর্যোধনবু করেমনদুনা নোকনখিবা অদুগী মতাং ইরি ॥১৩৮॥ মাহুদা দুর্যোধনগী অশাউবা পোকখিবা, অশাউবা অদুদগী পাণ্ডবশিংগা চৌবর শাননবা হোৎনখি, লৌনম তৌবা চৌববদা ফত্রবা শকুনিনা যুধিষ্ঠিরবু জয় তৌখিবা অদুগী মতাং ইরি ॥১৩৯॥ দ্রৌপদীনা সভা অদুদা শানবির অদুদগী থোবক্কদৌবিবা মহৈ অদু উবদা অৱাবগী ইপাক্ত লুপখি, ইপাক্ত ইরাকনববা মীবু হিনা কনবিবা অদুগুম শীংলবা ধৃতরাষ্ট্রনা ৱারবী মমৌগুপী দ্রৌপদীবু কনখি। চৌবরদগী নাম্বোক্তুনা চৎখ্রবা পাণ্ডবশিংবু দুর্যোধননা অমুক হন্না কৌশিন্দুনা অমুরক হন্না শানখিসি হায়না কৌখি। অসিনচিংবগী মতাং মথং মথং ইরি ॥১৪০—১৪১॥ অদুগী মতুংদা অনিরক হন্না শানবা চৌবরদা দুর্যোধননা ঙমদনা পাণ্ডবশিংবু বনদা থাখি। অসি অপুন্বা মহাত্মা বেদব্যাসনা সভাপর্ব্বদা শন্দোকনবা ইখ্রবনি ॥১৪২॥ হায়রিবা সভাপর্ব্ব অসিদা অধ্যায় হুম্ফুতরা-নিপাল য়াওরি শ্লোকনা লিশিং অনি চামঙা তরামাথোইনি। অথোইবা ব্রাহ্মণ পুমনমক। অসিগী মথংদা অহুমশুবা পাক চাউরবা বন পর্ব্ব কৌবা মতাং লাকই হায়বসি খংবিগদৌবনি ॥১৪৩—১৪৪ পুকচেল চাউরবা পাণ্ডবশিংনা বন চৎলকলবদা হস্তিনাপুরগী মীময়ামনা মখোয়গী মতুং ইন্নরকপা অদুগী মতাং ইরি ॥১৪৫॥ পুকচেল চাউরবা যুধিষ্ঠিরগী মফমদা আশ্রয় লৌদুনা লৈরিবা ব্রাহ্মণশিংবু য়োকথাকনবা অমদি অচা অথককী পোৎচৈ ফংননবা হোৎনগে নিংলবা যুধিষ্ঠিরদা ধৌম্যাচার্য্যনা পিরকপা উপদেশগী মতুং ইন্না সূর্য্যগী আরাধনাবু যুধিষ্ঠিরনা তৌখি, সূর্য্যদেবগী থৌজালদগী অচা অথক ৱাক্তনা ফংখি, অসিগী মতুংদা ধৃতরাষ্ট্রগী মফমগী অফবত্ত ভাকলিবা বিদুরবু তাম্বোকখি। অসিনচিংবগী মতাং মথং মথং ইরি ॥১৪৬—১৪৭॥

তাক্তস্য পাণ্ডুপুত্রাণাং সমীপগমনং তথা। পুনরাগমনঞ্চৈব ধৃতরাষ্ট্রস্য শাসনাৎ ॥ ১৪৮॥
কর্ণপ্রোৎসাহনাচ্চৈব ধার্ত্তরাষ্ট্রস্য দুর্ম্মতেঃ। বনস্থান্ পাণ্ডবান্ হন্তুং মন্ত্রো দুর্য্যোধনস্য চ ॥ ১৪৯॥
তং দুষ্টভাবং বিজ্ঞায় ব্যাসস্যাগমনং দ্রুতম্। নির্য্যাণপ্রতিষেধশ্চ সুরভ্যাখ্যানমেব চ। ॥ ১৫০॥
মৈত্রেয়াগমনঞ্চাত্র রাজ্ঞশ্চৈবানুশাসনম্। শাপোৎসর্গশ্চ তেনৈব রাজ্ঞো দুর্য্যোধনস্য চ। ॥ ১৫১॥
কির্ম্মীরস্য বধশ্চাত্র ভীমসেনেন সংযুগে। বৃষ্ণীনামাগমশ্চাত্র পাঞ্চালানাঞ্চ সর্ব্বশঃ ॥ ১৫২ ॥
শ্রুত্বা শকুনিনা দ্যূতে নিকৃতাং নির্জ্জিতাংশ্চ তান্। ক্রুদ্ধস্যানুপ্রশমনং হরেশ্চৈব কিরীটিনা ॥ ১৫৩ ॥
পরিদেবনঞ্চ পাঞ্চাল্যা বাসুদেবস্য সন্নিধৌ। আশ্বাসনঞ্চ কৃষ্ণেন দুঃখার্ত্তায়াঃ প্রকীর্ত্তিতম্ ॥ ১৫৪ ॥
তথা সৌভবধাখ্যানমত্রৈ বাক্তং মহর্ষিণা। সুভদ্রায়াঃ সপুত্রায়াঃ কৃষ্ণেন দ্বারকাং পুরীম্ ॥ ১৫৫ ॥
নয়নং দ্রৌপদেয়ানাং ধৃষ্টদ্যুম্নেন চৈব হ। প্রবেশঃ পাণ্ডবেয়ানাং রম্যে দ্বৈতবনে ততঃ ॥১৫৬॥ (যুগ্মকম্)
ধর্ম্মরাজস্য চাত্রৈব সংবাদঃ সহ কৃষ্ণয়া। সংবাদশ্চ তথা রাজ্ঞা ভীমস্যাপি প্রকীর্ত্তিতঃ ॥ ১৫৭ ॥
সমীপং পাণ্ডুপুত্রাণাং ব্যাসস্যাগমনং তথা। প্রতিস্মৃত্যাথ বিদ্যায়া দানং রাজ্ঞো মহর্ষিণা ॥১৫৮॥
গমনং কাম্যকে চাপি ব্যাসে প্রতিগতে ততঃ। অস্ত্রহেতোর্বিবাসশ্চ পার্থস্যামিততেজসঃ ॥ ১৫৯ ॥

---

তান্তোক্লবা তুংদা বিহুবনা পাণ্ডবশিংগী মনাক্তা চংখি ধৃতরাষ্ট্রগী যাংথদগী অমুক মহাক্কী মফমদা হল্লকখি ॥১৪৮॥ কর্ণনা ইনশিনখবদগী মপুকচেল ফত্রবা দুর্য্যোধননা বনদা লৈথ্রবা পাণ্ডবশিংবু হাৎননবা মন্ত্রনা তৌখি ॥১৪৯॥ বেদব্যাসনা দুর্যোধনগী ফত্রবা শবো অদু খংলদুনা থুন-যাংনা লাক্তুনা দুর্যোধনবু বনদা চৎপা ফত্তে তৌগনু হায়না থিংখিবা অহুগী অমদি মাসিগী মথংদা সুরভিগী ৱাৰী মথং মথং ইখি ॥১৫০॥ মতম অসিদা মৈত্রেয় মুনিনা লাকখি, অমসুং ধৃতরাষ্ট্রনা পাওতাক পীখি অদুগা দুর্যোধনদা শাপ তৌখি ॥১৫১॥ অসিগী মতুংদা ভীমনা কির্ম্মীর কৌবা হিংচাববু লালদা হাৎখি। অদুদগী যদুবংশগী মীয়ামগা অমদি দ্রুপদগী শাগেগী মীয়ামগনা পাণ্ডবশিংগী নাক্ত লাক্তুনা উনখি। মতাংশিং অসি মথং মথং ইখ্রি ॥১৫২॥ শকুনিনা পাণ্ডবশিংবু লৌনম তৌবা চৌববদা বাল্লা শাথিনা চোপহনখি অমদি মখোয়বু জয় তৌখি হায়বা তাবদা থোইনা শাওথুনা কৃষ্ণবু অর্জ্জুননা থেমজিনখি ॥ ১৫৩ ॥ অসিগী মথংদা দ্রৌপদীনা কৃষ্ণগী নাক্ত চংশিল্লক্তুনা কপখি, ৱারবী দ্রৌপদীবু কৃষ্ণনা নিংথিবা ৱাহৈনা থেমজিনখি ॥ ১৫৪ ॥ অসিগী মতুংদা মহর্ষি ব্যাসনা শাল্ব হাৎপগী মতাং লীখি। অসিগী মতুংদা কৃষ্ণনা অভিমন্যুগা লোয়ননা সুভদ্রাবু দ্বারকাদা পুহনা চংখিবা অমদি ধৃষ্টদ্যুম্ননসু দ্রৌপদীগী মচাশিংবু পাঞ্চাল দেশদা পুদুনা চৎখিবা অদুগা পাণ্ডবশিংনা নিংথিজরবা দ্বৈতবনদা চৎখিবা অদুগী মতাং মথং মথং ইখি ॥১৫৫-১৫৬॥ মফম অসিদা দ্রৌপদীগা যুধিষ্ঠিরগা শান্নবা ৱাৰীগী মতাং অমদি যুধিষ্ঠিরগা ভীমগা ৱারী শান্নখিবা অদুগী মতাং মথংশিংনা ইরি ॥ ১৫৭ ॥ অদুদা পাণ্ডবশিংগী মফমদা ব্যাসনা লাকখিবা অমদি যুধিষ্ঠিরদা প্রতিস্মৃতি কৌবা বিদ্যা তাকখিবগী ৱারী ইরি ॥ ১৫৮ ॥ দ্বৈতবনদগী ব্যাসনা চৎখরবা মতুংদা পাণ্ডবশিংনা কাম্যবনদা চৎখিবা, অর্জ্জুননা হিমালয়দা চৎখিবা অমদি পাশুপত থুংলাই

কার্ত্তবীর্য্যবধো যত্র হৈহয়ানাঞ্চ বর্ণ্যতে । প্রভাসতীর্থে পাণ্ডূনাং বৃষ্ণিভিশ্চ সমাগমঃ ॥১৭১॥

সৌকন্যমপি চাখ্যানং চ্যবনো যত্র ভার্গবঃ । শর্য্যাতিযজ্ঞে নাসত্যৌ কৃতবান্ সোমপীথিনৌ ॥১৭২॥

তাভ্যাঞ্চ যত্র স মুনির্যৌবনং প্রতিপাদিতঃ । মান্ধাতুশ্চাপ্যুপাখ্যানং রাজ্ঞোহত্রৈব প্রকীর্ত্তিতম্ ॥১৭৩॥

জন্তূপাখ্যানমত্রৈব যত্র পুত্রেণ সোমকঃ । পুত্রার্থমযজদ্রাজা লেভে পুত্রশতঞ্চ সঃ ॥১৭৪॥

ততঃ শ্যেনকপোতীয়মুপাখ্যানমনুত্তমম্ । ইন্দ্রাগ্নী যত্র ধর্ম্মশ্চাপ্যজিজ্ঞাসঞ্ছিবিং নৃপম্ ॥১৭৫॥

অষ্টাবক্রীয়মত্রৈব বিবাদো যত্র বন্দিনা । অষ্টাবক্রস্য বিপ্রর্ষের্জনকস্যাধ্বরেহভবৎ ॥১৭৬॥

নৈয়ায়িকানাং মুখ্যেন বরুণস্যাত্মজেন চ । পরাজিতো যত্র বন্দী বিবাদেন মহাত্মনা ॥১৭৭॥

বিজিত্য সাগরং প্রাপ্তং পিতরং লব্ধবানৃষিঃ । যবক্রীতস্য চাখ্যানং রৈভ্যস্য চ মহাত্মনঃ ॥১৭৮॥

গন্ধমাদনযাত্রা চ বাসো নারায়ণাশ্রমে । নিযুক্তো ভীমসেনশ্চ দ্রৌপদ্যা গন্ধমাদনে ॥১৭৯॥

ব্রজন্ পথি মহাবাহুর্দৃষ্টবান্ পবনাত্মজম্ । কদলীষণ্ডমধ্যস্থং হনূমন্তং মহাবলম্ ॥১৮০॥

যত্র সৌগন্ধিকার্থেহসৌ নলিনীং তামধর্ষয়ৎ । যত্রাস্য যুদ্ধমভবৎ সুমহদ্রাক্ষসৈঃ সহ ।
যক্ষৈশ্চৈব মহাবীর্য্যৈর্মণিমৎপ্রমুখৈস্তথা ॥১৮১॥

---

ওইরকপা ঋষ্যশৃঙ্গগী ৱারী, অমদি মপান্সল চাউরবা পরশুরামগী চরিত্র ইথি ॥১৭০॥ পরশুরামগী চরিত্রগী মনুংদা কার্ত্তবীর্য্যার্জ্জুনবু অমদি হৈহয় শাগৈবু তুমনা হাৎখিবা অদুগী ৱারী য়াওরি। অদুদগী প্রভাস তীর্থদা যাদবশিংগা উনবগী মতাং ইথি ॥১৭১॥ অসিগী মথংদা সুকন্যাগী ৱারী লাক্লে, ৱারী অসিগী মনুংদা মহর্ষি চ্যবননা শর্য্যাতি নিংথৌগী যজ্ঞদা অশ্বিনীকুমার অনিবু সোমরস পিথকখিবগী মতাং য়াওরি ॥ ১৭২ ॥ ৱারী অসিগী মনুংদা অমুক অশ্বিনীকুমার অনিনা অহল ওইরবা চ্যবন ঋষিবু পাখং ওইহনখিবগী মতাং, অদুগী মতুংদা মান্ধাতা নিংথৌগী ৱারী ইথ্রবনি ॥ ১৭৩ ॥ অদুগী মতুংদা জন্তু কৌবা নিংথৌ মচাগী ৱারী, ৱারী অসিগী মনুংদা অমুক নিংথৌ সোমকনা মচাগীদমক তৌবা যজ্ঞদা, মচামক ওইরিবা জন্তুবু ককলগা যজ্ঞ তৌবদা [illegible] চা চাম ফংখিবগী ৱারী [illegible] ॥১৭৪॥ অদুগী মতুংদা খুমুং [illegible] অমসুং লংথুম্বু অনিগী ৱারী ইরি, মাসিদা ইন্দ্র, অগ্নি অমদি ধর্ম্ম অহুমনা শিবি নিংথৌবু পরীক্ষা তৌখিবগী ৱারী ইথ্রবনি ॥১৭৫॥ অদুগী মতুংদা অষ্টাবক্রগী ৱারী অসিদা জনক নিংথৌগী যজ্ঞদা অষ্টাবক্রগা বন্দী অমগা খৎনখিবগী ৱারী ইরি ॥১৭৬॥ অসিগী মহুংদা ন্যায় হৈবগী মনুংদা [illegible] বরুণগী মচানা মরৈ য়েংনবদা বন্দীবু মায়থিবা পিখিবগী ৱারী য়াওরি ॥১৭৭॥ অষ্টাবক্রনা য়েংনবদা বন্দীবু মায় তৌদুনা সমুদ্র মনুংদা লৈখ্রবা মপাবু ফংখিবগী ৱারী অসিগী মতুংদা যবক্রীত অমদি মহাত্মা রৈভ্যগী ৱারী, য়াওই ॥১৭৮॥ অদুগী মতুংদা পাণ্ডবশিংনা গন্ধমাদন কৌবা চিংদা চংখিবা নারায়ণাশ্রমদা লৈখিবা, অমদি [illegible] দ্রৌপদীনা ভীমবু [illegible] গন্ধমাদন চংহনবগী ৱারী ইথি ॥১৭৯॥ ভীমনা গন্ধমাদন [illegible] কনগী মনুংদা লৈরম্ব [illegible] হনুমানগা উনখিবগী মতাং ইথ্রবনি ॥১৮০॥ অদুগী মতুংদা ভীমসেননা [illegible] হায়বগী দমক [illegible] [illegible] লৈখি, [illegible] মণিমান [illegible] অমদি [illegible] ভীমগা

জটাসুরস্য চ বধো রাক্ষসস্য বৃকোদরাৎ । বৃষপর্ব্বণো রাজর্ষেস্ততোঽভিগমনং স্মৃতম্ ॥১৮২॥
আর্ষ্টিষেণাশ্রমে চৈষাং গমনং বাস এব চ । প্রোৎসাহনঞ্চ পাঞ্চাল্যা ভীমস্যাত্র মহাত্মনঃ ॥১৮৩॥
কৈলাসারোহণং প্রোক্তং যত্র যক্ষৈর্বলোৎকটৈঃ । যুদ্ধমাসীন্মহাঘোরং মণিমৎপ্রমুখৈঃ সহ ॥১৮৪॥
সমাগমশ্চ পাণ্ডূনাং যত্র বৈশ্রবণেন চ । সমাগমশ্চার্জ্জুনস্য তত্রৈব ভ্রাতৃভিঃ সহ ॥১৮৫॥
অবাপ্য দিব্যান্যস্ত্রাণি গুর্ব্বর্থং সব্যসাচিনা । নিবাতকবচৈর্যুদ্ধং হিরণ্যপুরবাসিভিঃ ॥১৮৬॥
নিবাতকবচৈর্ঘোরৈর্দানবৈঃ সুরশত্রুভিঃ । পৌলোমৈঃ কালকেয়ৈশ্চ যত্র যুদ্ধং কিরীটিনঃ ॥১৮৭॥
বধশ্চৈষাং সমাখ্যাতো রাজ্ঞস্তেনৈব ধীমতা । অস্ত্রসন্দর্শনারম্ভো ধর্ম্মরাজস্য সন্নিধৌ ॥১৮৮॥
পার্থস্য প্রতিষেধশ্চ নারদেন সুরর্ষিণা । অবরোহণং পুনশ্চৈব পাণ্ডূনাং গন্ধমাদনাৎ ॥ ১৮৯ ॥
ভীমস্য গ্রহণং চাত্র পর্ব্বতাভোগবর্ষ্মণা । ভুজঙ্গেন্দ্রেণ বলিনা তস্মিন্ সুগহনে বনে ॥১৯০॥
অমোক্ষয়দ্যত্র চৈনং প্রশ্নানুক্ত্বা যুধিষ্ঠিরঃ । কাম্যকাগমনঞ্চৈব পুনস্তেষাং মহাত্মনাম্ ॥ ১৯১ ॥
তত্রস্থাংশ্চ পুনর্দ্রষ্টুং পাণ্ডবান্ পুরুষর্ষভান্ । বাসুদেবস্যাগমনম্ অত্রৈব পরিকীর্ত্তিতম্ ॥ ১৯২ ॥
মার্কণ্ডেয়সমাস্যায়ামুপাখ্যানানি সর্ব্বশঃ । পৃথোর্বৈণস্য যত্রোক্তমাখ্যানং পরমর্ষিণা ॥ ১৯৩ ॥

---

শোকনখিবা অকনবা লানগী ৱারী শন্দোকনা ইশ্রবনি ॥১৮১ ভীমগী মখুত্তা জটাসুর কৌবা হিংচাবনা শিখিবা রাজর্ষি বৃষপর্ব্বনা লাকখিবগী ৱারী লৈখি ॥১৮২॥ অসিগী মতুংদা পাণ্ডবশিংনা আর্ষ্টিষেণগী আশ্রমদা লাকপা অমদি মফম অদুদা মতম খরদং লৈখিবা অদুগা দ্রৌপদীনা ভীমসেনগী মপুক্নিং থৌগৎখিবগী ৱারী মথংশিংনা ইখি ॥১৮৩॥ ভীমনা কৈলাসচীংদা কাখিবা, মফম অদুদা মপাঙ্গল্ল মযাই কাববা মণিমাননচিংবা যক্ষশিংগা লোইননা ভীমগী অকিবগী মশক ওইববা লান থোকখিবগী ৱারী যাওখি ॥১৮৪॥ অদুগী মতুংদা কুবেরগা পাণ্ডবশিংগা উনবা অমদি যুধিষ্ঠিরনচিংবগা অর্জ্জুনগা উনখিবগী মতাং লাকই ॥১৮৫॥ অর্জ্জুননা দেবতাশিংগী মফমদগী স্বর্গগী খুৎলাই লোইনা তমদুনা মখোয়গী দমক্তা হিরণ্যপুরদা লৈবা নিবাত কবচশিংগা শোকনখিবা লানগী ৱারী ইরি ॥১৮৬॥ পুলোমা অমদি কালকেয অনিগী মচা মশুশিংবু নিবাত কবচ হায়না কংনবমই, মখোয অসি দানব মক্তনি, দেবতাশিংগী অকিবা ফংলবা য়েবনবা ঙাক্তনি, মখোয অসিগা লোইননা অর্জ্জুননা অকনবা লান থেংনখি। মাসি পুম্নমক মথংশিংনা ইবি ॥১৮৭॥ অর্জ্জুননা নিবাত কবচশিংবু হাৎখি, অদুগী মতুংদা হল্লক্তুনা যুধিষ্ঠিরগী মফমদা অর্জ্জুননা হেক পুবকপা খুলাইগী মথৈ উৎখি। পুম্নমক অসি মথং শিংন ইরি ॥১৮৮॥ দেবর্ষি নারদনা খুৎলাই মযাম পুথোক্তুনা মযামদা উহনবত্থ থিংখি। অসিগী মতুংদা পাণ্ডবশিংনা গন্ধমাদন চীংদগী কুমথবকখি। পুম্নমকসি ইবি ॥১৮৯॥ অদুগী মতুংদা চীংগী মতৌগুম ৱাং চাউরবা থোযনা কল্লবা লিল অমগা শুক্লবা বনগী মনুংদা ভীমবু যেৎশিন্দুনা থমখি ॥১৯০॥ লিল অদুনা হংলকপা ৱাহং পুম্নমক যুধিষ্ঠিরনা মথংশিংনা খুম্নবদা লিল অদুনা ভীমবু থাদোকখি। অদুগী মতুংদা পাণ্ডবশিংনা কমুক লাক্তুনা লৈখি। পুম্নমক অসি মথংশিংন ইরি ॥১৯১॥ পাণ্ডবশিংনা কমুক লৈরবা মতম অসিদা মখোযবু উনগে হায়দুনা কৃষ্ণনা মযম অসিদ লাকখি ॥১৯২॥ মার্কণ্ডেয় ঋষিনা কমদুনা লীখিবা ৱারী মখম মখল য়াম্না লৈখি, বেদব্যাসনা ইহান হানবদা বেণগী মচা পৃথুগী ৱারী নিংথিনা লীখি ॥১৯৩॥

সংবাদশ্চ সরস্বত্যাস্তার্ক্ষ্যর্ষেঃ সুমহাত্মনঃ। মৎস্যোপাখ্যানমত্রৈব প্রোচ্যতে তদনন্তরম্ ॥১৯৪॥
মার্কণ্ডেয়সমাস্যা চ পুরাণং পরিকীর্ত্তিতম্। ঐন্দ্রদ্যুম্নমুপাখ্যানং ধৌন্ধুমারং তথৈব চ ॥১৯৫॥
পতিব্রতায়াশ্চাখ্যানং তথৈবাঙ্গিরসং স্মৃতম্। দ্রৌপদ্যাঃ কীর্ত্তিতশ্চাত্র সংবাদঃ সত্যভাময়া ॥ ১৯৬ ॥
পুনর্দ্বৈতবনং চৈব পাণ্ডবাঃ সমুপাগতাঃ। ঘোষযাত্রা চ গন্ধর্বৈর্যত্র বদ্ধঃ সুযোধনঃ ॥১৯৭॥
হ্রিয়মাণস্তু মন্দাত্মা মোক্ষিতোহসৌ কিরীটিনা। ধর্ম্মরাজস্য চাত্রৈব মৃগস্বপ্ননিদর্শনম্ ॥ ১৯৮ ॥
কাম্যকে কাননশ্রেষ্ঠে পুনর্গমনমুচ্যতে। ব্রীহিদ্রৌণিকমাখ্যানমত্রৈব পরিকীর্ত্তিতম্ ॥ ১৯৯ ॥
দুর্বাসসোহপ্যুপাখ্যানমত্রৈব পরিকীর্ত্তিতম্। জয়দ্রথেনাপহারো দ্রৌপদ্যাশ্চাশ্রমান্তরাৎ ॥ ২০০ ॥
যত্রৈনমন্বয়াদ্ভীমো বায়ুবেগসমো জবে। চক্রে চৈনং পঞ্চশিখং যত্র ভীমো মহাবলঃ ॥২০১
রামায়ণমুপাখ্যানমত্রৈব বহুবিস্তরম্। যত্র রামেণ বিক্রম্য নিহতো রাবণো যুধি ॥২০২॥
সাবিত্র্যাশ্চাপ্যুপাখ্যানমত্রৈব পরিকীর্ত্তিতম্। কর্ণস্য পরিমোক্ষোহত্র কুণ্ডলাভ্যাং পুরন্দরাৎ ॥২০৩॥
যত্রাস্য শক্তিং তুষ্টোহদাদেকবধায় চ। আরণেয়মুপাখ্যানং যত্র ধর্ম্মোহন্বশাৎ সুতম্ ॥২০৪॥
জগ্মুর্লব্ধবরা যত্র পাণ্ডবাঃ পশ্চিমাং দিশম্। এতদারণ্যকং পর্ব্ব তৃতীয়ং পরিকীর্ত্তিতম্ ॥২০৫॥

---

অহুগী মতুংদা সরস্বতী অমদি তার্ক্ষ্যমুনিগী ৱারী ইরি, অদুগী মতুংদা মৎস্যগী ৱারী য়াওরি ।১৯৪॥ মার্কণ্ডেয়গী মতাং অসি যাম্না কুইববা ৱারীনি, অসিগী মতুংদা ইন্দ্রদ্যুম্ন নিংথৌগী অমসুং ধুন্ধুমারগী ৱারী লাকই ।১৯৫॥ অসিগী মতুংদা পতিব্রতাগী ৱারী, আঙ্গিরসগী ৱারী অমদি দ্রৌপদী সত্যভামাগী ৱারী লীখি ।১৯৬॥ পাণ্ডবশিংনা অমুক দ্বৈতবনদা লাকখি; অহুগী মতুংদা দুর্য্যোধনচিংবনা মফম অগদা ঘোষ যাত্রা লাকখিবা অমদি গন্ধর্ববশিংনা দুর্য্যোধনবু ফাখিবা ৱারীশিং অসি মথং মথং লাকই ।১৯৭॥ গন্ধর্ববশিংনা পুকচেলথত্রবা দুর্য্যোধনবু ফাদুনা পুরিবৈ মতমদা অর্জ্জুননা লান্থনা কনবিখি। অদুগী মতুংদা যুধিষ্ঠিরনা মঙদা শক্তি মযাম উখিবা অহুগী মতাং ইরি ।১৯৮॥ পাণ্ডবশিংনা দ্বৈতবনদগী কাম্যবনদা অযুক লাকখি। অসিগী মতুংদা ব্রীহি দ্রৌণিক কৌবা পাক চাউরবা মতাং লাকই ॥১৯৯॥ দুর্ব্বাসা মুনিগী ৱারীশু মতাং অসিৱাইদা লীখি। অসিগী মতুংদা জয়দ্রথগী যুধিষ্ঠিরগী আশ্রম মনুংদগী দ্রৌপদীবু হুদনা পুখিবগী মতাং ইবি ॥২০০॥ মুংশিংমুক য়াংলবা ভীমনা জয়দ্রথগী মতুংদা তানরকই অমসুং শম্বুম মতাংদা থাক্লগা জয়দ্রথগী মক কোকখি ॥ ২০১ ॥ অসিগী মতুংদা রামগী পাক চাউরবা ৱারী, মতাং অসিদা রামগী মপাঙ্গল অমদি রাবণ হাৎখিবগী মতাং ইরি ॥২০২॥ অসিৱাইদা সাবিত্রীগী ৱারী লাকই। অহুগী মতুংদা কর্ণনা মশামকী কুণ্ডল অনিবু লৌথোক্তুনা ইন্দ্রদা পীদুনা ইন্দ্রগী মথুক্কগী কর্ণনা নাম্ভোকখিবগী মতাং ইরি ॥২০৩॥ ইন্দ্রনা পেনখ্রদুনা অথোয়বা নিপা অমতং হাৎননবা তা অমা পীখি। অদুগী মতুংদা অরণী হুবগী মতাং অহুদগী ধর্ম্ম মশামক্না লাক্তুনা যুধিষ্ঠিরদা পাউতাক পিখিবগী মতাং ইবি ॥২০৪॥ অদুগী মতুংদা পাণ্ডবশিংনা ধর্ম্মগী মফমদগী বর ফংদুনা নোংচুপ পাংনা চংখি। মতাং অসিদা অহুমশুবা বনপর্ব্বগী

অত্রাধ্যায়শতে দ্বে তু সংখ্যায়া পরিকীর্ত্তিতে। একোনসপ্ততিশ্চৈব তথাধ্যায়াঃ প্রকীর্ত্তিতাঃ ॥২০৬॥
একাদশ সহস্রাণি শ্লোকানাং ষট্ শতানি চ॥ চতুঃষষ্টিস্তথা শ্লোকাঃ পর্ব্বণ্যস্মিন্ প্রকীর্ত্তিতাঃ ॥২০৭॥
অতঃ পরং নিবোধেদং বৈরাটং পর্ব্ব বিস্তরম্। বিরাটনগরে গত্বা শ্মশানে বিপুলাং শমীম্ ॥২০৮॥
দৃষ্ট্বা সন্নিদধুস্তত্র পাণ্ডবা হ্যায়ুধান্যুত। যত্র প্রবিশ্য নগরং ছদ্মনা ন্যবসংস্ত তে ॥২০৯॥ (যুগ্মকম্)
পাঞ্চালীং প্রার্থয়ানস্য কামোপহতচেতসঃ। দুষ্টাত্মনা বধো যত্র কীচকস্য বৃকোদরাৎ ॥২১০॥
পাণ্ডবান্বেষণার্থঞ্চ রাজ্ঞো দুর্য্যোধনস্য চ। চরাঃ প্রস্থাপিতাশ্চাত্র নিপুণাঃ সর্ব্বতো দিশম্ ॥২১১॥
ন চ প্রবৃত্তিস্তৈর্লব্ধা পাণ্ডবানাং মহাত্মনাম্। গোগ্রহশ্চ বিরাটস্য ত্রিগর্ত্তৈঃ প্রথমং কৃতঃ ॥২১২॥
যত্রাস্য যুদ্ধং সুমহৎ তৈরাসীল্লোমহর্ষণম্। ক্রিয়মাণশ্চ যত্রাসৌ ভীমসেনেন মোক্ষিতঃ ॥২১৩॥
গোধনঞ্চ বিরাটস্য মোক্ষিতং যত্র পাণ্ডবৈঃ। অনন্তরঞ্চ কুরুভিস্তস্য গোগ্রহণং কৃতম্ ॥১৩॥
সমস্তা যত্র পার্থেন নির্জ্জিতাঃ কুরবো যুধি। প্রত্যাহৃতং গোধনঞ্চ বিক্রমেণ কিরীটিনা ॥২১৫॥
বিরাটেনোত্তরা দত্তা স্নুষা যত্র কিরীটিনঃ। অভিমন্যুং সমুদ্দিশ্য সৌভদ্রমরিঘাতিনম্ ॥২১৬॥
চতুর্থমেতদ্বিপুলং বৈরাটং পর্ব্ব বর্ণিতম্। অত্রাপি পরিসংখ্যাতা অধ্যায়াঃ পরমর্ষিণা ॥২১৭॥

---

মতাং লাক্রে ॥২০৫॥ পর্ব্ব অসিদা অধ্যায় চনি হুম্ফু মাপল লৈ ॥২০৬॥ শ্লোকী মশিংনা লিশিং তরা-মাথোই চাতরুক হুম্ফু মরিনি ॥২০৭॥ অসিগী মতুংদা পাক চাউরবা বিরাটপর্ব্ব তাবিযু। পাণ্ডব-শিংনা বিরাট নগরগী চীরবা মোংফম অমদা চৎলুবদা য়াং চাউববা শমী কৌবা উপাম্বী অমা উরদুনা মাহগী মশাদা মাগী মাগী খুৎলাই যিজেৎ লোংলমই। অহদগী করোনবা যিজেৎ শেত্তুনা বিরাট নগর অহদা চংলক্কুনা ১যম অতুদা চহি অমা লৈখি ॥২০৮—২০৯॥ কামদা তাওববা যত্রবা কীচকনা দ্রৌপদীবু ফংগে হোৎনবকপা অমদি তানরবপদা ভীমনা মাবু হাৎখি ॥২১০॥ মহারাজ দুর্য্যোধননা পাণ্ডবশিংমু থিনব্বা শায়কৈ মবিদা হৈশিংলবা লাঞ্চাবা কয়া থাখি ॥২১১॥ অদুবু গুপ্তচরশিং অমনা পাণ্ডবশিংগী মফমুংদা অমা ফাওবা থিবা ফংখিদে। অমগী মতুংদা সুশর্ম্মানচিংবা ত্রিগর্ত্তগী মীশিংনা বিরাট লৈবাককী মথাবংবা মায়কৈরোমদগী বিরাটকী ষণ মরাম খোমখি ॥২১২॥ অমগী মতুংদা ত্রিগর্ত্তগী অকনবশিংগা লোইননা বিরাট নিংথৌগী তুজুংবা পোক্লবা লাল অমা থোকখি। মাহদা ত্রিগর্ত্তগী মীশিংনা বিরাটপু ফাদুনা পুববদা ভীম লাক্কুনা কনখি ॥২১৩॥

অসোমদা যুধিষ্ঠির নকুল অমসুং সহদেবনা বিরাটকী ষণশিংবু অমসুং লন ময়াম্বু ভাক্কুনা থমখি। তারক অসিদা কৌরবশিংনা বিরাটকী অরাং পাংবদা ষণ মযাম লোম্বা খোম্বা লাকখি ॥২১৪॥ অর্জ্জুনা মশা মত্তোমদা পাম্বোমগী পাঙ্গনা লান্দা কৌরবশিংবু মায়থিবা পিখি অমসুং হুহনা পুরম্বা ষণবী মরাও মরাম অমুক মুন্দুনা পুরকই ॥২১৫॥ বিরাটনিংথৌগা য়েক্নবা শুব্বা অর্জ্জুনগী মচা অভিমন্যুদা মমৌ ওইনবা মচানুপী উত্তরাবু দান তৌখি ॥২১৬॥ পাক চাউরবা বিরাট পর্ব্বগী য়ারী অপুম্বা লোইন সম্পৎনা লিরবনি। পার্ব অসি মহর্ষি বেদব্যাসনা মুংতাই মুংতায়রবা য়ারী মচানা থরবা অধ্যায় হুম্ফু তরেৎ

সপ্তষষ্টিরথো পূর্ণাঃ শ্লোকানামপি মে শৃণু। শ্লোকানাং ষে সহস্রে তু শ্লোকাঃ পঞ্চাশদেব তু ॥২১৮॥ (যুগ্মকম্)
উক্তানি বেদবিদুষা পর্ব্বণ্যস্মিন্ মহর্ষিণা। উদ্যোগং পর্ব্ব বিজ্ঞেয়ং পঞ্চমং শৃণ্বতঃ পরম্ ॥২১৯॥
উপপ্লব্যে নিবিষ্টেষু পাণ্ডবেষু জিগীষয়া। দুর্য্যোধনোঽর্জ্জুনশ্চৈব বাসুদেবমুপস্থিতৌ ॥২২০॥
সাহায্যমস্মিন্ সময়ে ভবান্নৌ কর্ত্তুমর্হতি। ইত্যুক্তে বচনে কৃষ্ণো যত্রোবাচ মহামতিঃ ॥২২১॥
অযুধ্যমানমাত্মানং মন্ত্রিণং পুরুষর্ষভৌ!। অক্ষৌহিণীং বা সৈন্যস্য কস্য কিং বা দদাম্যহম ॥২২২॥
বব্রে দুর্য্যোধনঃ সৈন্যং মন্দাত্মা যত্র দুর্ম্মতিঃ। অযুধ্যমানং সচিবং বব্রে কৃষ্ণং ধনঞ্জয়ঃ ॥২২৩॥
মদ্ররাজঞ্চ রাজানমায়ান্তং পাণ্ডবান্ প্রতি। উপহারৈর্বঞ্চয়িত্বা বর্ত্মন্যেব সুযোধনঃ ॥২২৪॥
বরদং তং বরং বব্রে সাহায্যং ক্রিয়তাং মম। শল্যস্তস্মৈ প্রতিশ্রুত্য জগামোদ্দিশ্য পাণ্ডবান্ ॥২২৫॥ (যুগ্মকম্)
শান্তিপূর্ব্বঞ্চাকথয়দ্ যত্রেন্দ্রবিজয়ং নৃপ। পুরোহিতপ্রেষণঞ্চ পাণ্ডবৈঃ কৌরবান্ প্রতি ॥২২৬॥
বৈচিত্রবীর্য্যস্য বচঃ সমাদায় পুরোধসঃ। তথেন্দ্রবিজয়ঞ্চাপি যানঞ্চৈব পুরোধসঃ ॥২২৭॥
সঞ্জয়ং প্রেষয়ামাস শমার্থী পাণ্ডবান্ প্রতি। যত্র দূতং মহারাজো ধৃতরাষ্ট্রঃ প্রতাপবান্ ॥২২৮॥ (যুগ্মকম্)
শ্রুত্বা চ পাণ্ডবান্ যত্র বাসুদেবপুরোগমান্। প্রজাগরঃ সম্প্রজজ্ঞে ধৃতরাষ্ট্রস্য চিন্তয়া ॥২২৯॥

---

লেংখি। শ্লোককী মশিং তাবিয়ু পর্ব্ব অসিদা য়াওবা শ্লোকতী লিশিং অনি চামঙানি ॥২১৭-২১৮॥ মহর্ষি অমদি বেদ হৈববা ব্যাসনা লীখিবা শোয়দনা খংকম থোক্লবা উদ্যোগ কৌবা মঙাশুবা পর্ব্ব তাবিয়ু ॥২১৯॥ পাণ্ডবশিংনা কৌরবশিং জয় তৌনিংবনা উপপ্লব্য কৌব মফমদা লৈররব মতমদা দুর্য্যোধন অমদি অর্জ্জুন অনিনা কৃষ্ণগী নাক্ত য়ৌখি ॥২২০॥ অনিনা হায়খি— ঐখোয় অনিগী মরক্ত কনাগী মরক্ত কনাগী মাযকৈদা লাল যাওবিগদগে? মাসি তাররবদা শিংলবা কৃষ্ণনা ৱাথল তৌনা খুমখি ॥২২১॥

ঐ লাল য়াওবোই, চুম্নগী তানবদি য়াউগনি মাসিন অমা, অহুগা অমরোমদনা ঐগী নারায়ণ অমম-ম্গা মাননা কল্লবা লাম্মীশিংতনা শাববা অক্ষৌহিণী অমা লৈরিবসিনা অমা; অনি অসিগী মন্নুংদা কনাদা করি পীযুগে? ॥২২২॥ মতম অহুদা পংলবা দুর্য্যোধননা কৃষ্ণবু পামদতুনা লাম্মী মপৈ অদুবু লৌগে হায়খি; অদুগা অর্জ্জুননা খুৎলায় পায়দনা লান য়াওদ্রবমু ৱাতানবদা য়াওগদৌরিবা কৃষ্ণবু পামখি ॥২২৩॥ মদ্রদেশগী নিংথৌ শৈল্যনা লাম্মী পুম্নমক পুতুনা পাণ্ডবশিংগী মায়কৈদা লাল য়াওগে লাক্লবদা দুর্য্যোধননা মখল মথা অযাম্বা খুদোন পোৎ পুরক্তুনা অমদি পাণ্ডবশিংবু লম্বী মক্তা নমথাক তৌতুনা শল্যগী মফমদা ঐগী মায়কৈদা লাল য়াউবিয়ু হায়জরবদা শল্যনা শোয়দনা য়াউগনি হায়রমলগা পাণ্ডবশিংগী মনাক্তাম্না চৎখি ॥২২৪—২২৫॥ শল্যনা পাণ্ডবশিংগী মনাক্ত চৎখিতুনা য়াম্না তম্লবা ৱাহৈনা পাণ্ডবশিংব খেমজিন্দুন ইন্দ্রনা বৃত্তাসুর হাৎপগী ৱারী তাহলখি। অতুগী মতুংদা পাণ্ডবশিংনা কৌর-বশিংগী মফমদা পুরোহিতবু থাখি ॥২২৬॥

প্রতাপ চাউরবা ধৃতরাষ্ট্রনা পুরোহিতগী মচিন্দগী যুধিষ্ঠিরগী ৱাপূম্বা তাখি অমসুং ইন্দ্রনা বৃত্তাসুর হাৎখিবগী ৱারী তারগা লাল কৌগী বিজয়যাত্রানচিংবা বিষয় পুম্নমক যুধিষ্ঠিরনা খংখি; অতুগী মতুংদা ধৃতরাষ্ট্রনা শান্ত অনিমক থামজিনগে থন্দুনা পাণ্ডবশিংগী মফমদা সঞ্জয়বু থাখি ॥২২৭-২২৮॥ কৃষ্ণঅমামক পাণ্ডবশিংগী মকোক শুইনা য়াউথ্রে, হায়বা তাবা চিন্তাদনা ধৃতরাষ্ট্রনা অহিং তুম্বা

বিদুরো যত্র বাক্যানি বিচিত্রাণি হিতানি চ। শ্রাবয়ামাস রাজানং ধৃতরাষ্ট্রং মনীষিণম্ ॥২৩০॥
তথা সনৎসুজাতেন যত্রাধ্যাত্মমনুত্তমম্। মনস্তাপান্বিতো রাজা শ্রাবিতঃ শোকলালসঃ ॥২৩১॥
প্রভাতে রাজসমিতৌ সঞ্জয়ো যত্র বা বিভো। ঐকাত্ম্যং বাসুদেবস্য প্রোক্তবানর্জ্জুনস্য চ ॥২৩২॥
যত্র কৃষ্ণো দয়াপন্নঃ সন্ধিমিচ্ছন্মহামতিঃ। স্বয়মাগাৎ শমং কর্ত্তুং নগরং নাগসাহ্বয়ম্ ॥২৩৩॥
প্রত্যাখ্যানঞ্চ কৃষ্ণস্য রাজ্ঞা দুর্য্যোধনেন বৈ। শমার্থে যাচমানস্য পক্ষয়োরুভয়োর্হিতম্ ॥২৩৪॥
দম্ভোদ্ভবস্য চাখ্যানমত্রৈব পরিকীর্ত্তিতম্। বরান্বেষণমত্রৈব মাতলেশ্চ মহাত্মনঃ ॥২৩৫॥
মহর্ষেশ্চাপি কথিতং চরিতং গালবস্য বৈ। বিদুলায়াশ্চ পুত্রস্য প্রোক্তং চাপ্যনুশাসনম্ ॥২৩৬॥
কর্ণদুর্য্যোধনাদীনাং দুষ্টং বিজ্ঞায় মন্ত্রিতম্। যোগেশ্বরত্বং কৃষ্ণেন যত্র রাজ্ঞাং প্রদর্শিতম্ ॥২৩৭॥
রথমারোপ্য কৃষ্ণেন যত্র কর্ণোঽনুমন্ত্রিতঃ। উপায়পূর্ব্বং শৌটীর্য্যাৎ প্রত্যাখ্যাতশ্চ তেন সঃ ॥২৩৮॥
আগম্য হাস্তিনপুরাদুপপ্লব্যমরিন্দমঃ। পাণ্ডবানাং যথাবৃত্তং সর্ব্বমাখ্যাতবান্ হরিঃ ॥২৩৯॥
তে তস্য বচনং শ্রুত্বা মন্ত্রয়িত্বা চ যদ্ধিতম্। সাংগ্রামিকং ততঃ সর্ব্বং সজ্জং চক্রুঃ পরন্তপাঃ ॥২৪০॥
ততো যুদ্ধায় নির্যাতা নরাশ্বরথদন্তিনঃ। নগরাদ্ধাস্তিনপুরাদ্বলসংখ্যানমেব চ ॥২৪১॥

---

যাখিদে ॥ ২২৯ ॥ মতম অদুদা বিদুরনা লৌশিংলৈরবা ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদা কান কানববা ৱা কয়া তাহনখি ॥ ২৩০ ॥ নিংথৌগী পুক্নিংদা নিংভমদবা মৈচাক পোকখি ৱাবনা তপ্থবা লৈখিদে, মতম অসিদা সনৎ সুজাত কৌবা ঋষিনা ধৃতরাষ্ট্রদা অধ্যাত্মিকগী বিষয়দা পাউতাক কয়া পীখি ॥২৩১॥ অয়ুক অঙনবদা নিংথৌগী সভাদা সঞ্জয়দা লাক্কুনা হায়খিঃ— মহারাজ। কৃষ্ণগা অর্জুনগা অনিগী মরক্তা করিগুম্বা খেন্নবা অমত্ত লৈতে ॥ ২৩২ ॥ পুকচেল চাউরবা, থোইনাশিংলবা কৃষ্ণনা তাইশিন্নগে হায়দুনা মশামক্তা হস্তিনাপুরদা লাকখি ॥ ২৩৩ ॥ কৃষ্ণনা পক্ষ অনিগী মঙ্গলগীদমক্তা সন্ধি তৌননবা হায়জগে লাকখি, অদুবু দুর্যোধননা কৃষ্ণবু থৌওইদনা তাম্হোকখি। অসি পুন্নমক মথং মথং ইরি ॥২৩৪॥ অসিগী মথংদা দম্ভোদ্ভবগী মতাং ইরি, মতাং অসিদা মহাত্মা ওইরবা মাতলিনা মচানুপী গুণকেশীগী দমক ৱরথিব চৎপগী ৱারী ইরি ॥ ২৩৫ ॥ অসিগী মথংদা মহর্ষি গালবগী চরিত ইরি, অসিগী মথংদা বিদুলানা মচা নিপাদা পাউতাক পিবগী মতাং য়াওরি ॥ ২৩৬ ॥ অদুদগী কৃষ্ণনা কর্ণ অমদি দুর্যোধননাচিংবগী ফত্তরবা শরো অদু থংলদুনা রাজসভাদা নিংথৌশিংগী মমাংদা যোগেশ্বর ওইবগী প্রমাণ পিদুনা ময়াম্বু শুম্নাংখি ॥ ২৩৭ ॥

কৃষ্ণনা কর্ণবু রথদা হাপ্পুনা পুরগা সন্ধি তৌননবগী দমক চীকনা ৱা তানখি; অদুবু কায়হনবা পাম্ব কর্ণনা নাপনগা লোয়ননা কৃষ্ণনা হায়বা য়াখিদে ॥২৩৮॥ য়েকনবা পূম্বা নৈহৎনবগী মশক ওইরবা হরিনা হস্তিনাপুরদগী উপপ্লব্য কৌবা মফমদা লাক্কুনা পাণ্ডবশিংগী মফমদা থোকখিবা থৌদোক পুন্নমক তমখি ॥২৩৯॥ য়েকনবগী মফমদা অকিবা অৱাবা পোকহনবগী মশক ওইরবা পাণ্ডবশিংনা কৃষ্ণগী ৱা তাবদা অদুম তৌরগা ফগনি হায়রব তানরবগী মতুংদা লানগী মদমক শেম শাখি, অসি পুন্নমক মথং মথং ইরি ॥২৪০॥ অদুগী তুংদা খোংমী, শগোল, রথ অমদি শামুগী লালনচিংবা তৌননবগী

যত্র রাজ্ঞা হ্যুলূকস্ত প্রেষণং পাণ্ডবান্ প্রতি। দূতো ভাবিনি মহাযুদ্ধে দৌত্যেন ক্রূরবাদিনা ॥২৪২॥
রথাতিরথসংখ্যানমম্বোপাখ্যানমেব চ। এতৎ সুবহুবৃত্তান্তং পঞ্চমং পর্ব ভাবতে ॥২৪৩॥
উদ্যোগপর্ব্ব নির্দ্দিষ্টং সন্ধিবিগ্রহমিশ্রিতম্। অধ্যায়ানাং শতং প্রোক্তং ষড়শীতির্মহাত্মনা ॥২৪৪॥
শ্লোকানাং ষট্ সহস্রাণি তাবন্ত্যেব শতানি চ। শ্লোকাশ্চ নবতিঃ প্রোক্তাস্তথৈবাষ্টৌ মহাত্মনাং ॥২৪৫॥
ব্যাসেনোদারমতিনা পর্ব্বণ্যস্মিংস্তপোধনাঃ। অতঃ পবং বিচিত্রার্থং ভীষ্মপর্ব্ব প্রচক্ষতে ॥ ২৪৬॥
জম্বুখণ্ডবিনির্ম্মাণং যত্রোক্তং সঞ্জয়েন হ। যত্র যৌধিষ্ঠিরং সৈন্যং বিষাদমগমৎ পরম্ ॥২৪৭॥
যত্র যুদ্ধমভূদ্ঘোরং দশাহানি সুদারুণম্। কশ্মলং যত্র পার্থস্য বাসুদেবো মহামতিঃ ॥২৪৮॥
মোহজং নাশয়ামাস হেতুভির্মোক্ষদর্শিভিঃ। সমীক্ষ্যাধোক্ষজঃ ক্ষিপ্রং যুধিষ্ঠিরহিতে রতঃ ॥২৪৯॥ (যুগ্মকম্)
রথাদাপ্লুত্য বেগেন স্বয়ং কৃষ্ণ উদারধীঃ। প্রতোদপাণিরাধাবদ্ভীষ্মং হন্তুং ব্যপেতভীঃ ॥২৫০॥
বাক্যপ্রতোদাভিহতো যত্র কৃষ্ণেন পাণ্ডবঃ। গাণ্ডীবধন্বা সমরে সর্বশস্ত্রভৃতাং বরঃ ॥২৫১॥
শিখণ্ডিনং পুরস্কৃত্য যত্র পার্থো মহাধনুঃ। বিনিঘ্নন্নিশিতৈর্ব্বাণৈ রথাদ্ভীষ্মমপাতয়ৎ ॥২৫২॥ (যুগ্মকম্)

---

হস্তিনা নগরদগী থোক্লরকই। অদুগী মথংদা মাগী মাগী লান্মী মশিং থীনবকপগী মতাং ইবি ॥২৪১॥ হযেংদি শোযদনা লাঞ্জাও অমা থোক্লগনি হাযবা তশেংনা খংলবদা মপুকচেল চুমদ্রবা, খোন্দা থীববা দুর্য্যোধননা পাণ্ডবশিংগী মফমদা উলুকপু রাজদূত ওইনা গাখি ॥২৪২॥ অদুগী মথংদা রথী, মহারথী, অতিরথী অমদি শগোল শামু পুন্নমক্কী মশিং থীনবগী মতাং ইরি। মসিমক মহাভাবতকী মঙাশুবা পর্ব্বনি। অসিগী মতুংদা অম্বাগী ৱারী ইবি, অসিদ নত্তনা ৱারী অতৈ অতৈ য়াম্না যাওবি ॥২৪৩॥ মাসিবু উদ্যোগ পর্ব্ব হাযনা খংনৈ, মাসিদা তিন্নবা কাযনবা অমদি মকপ শান্নবগা কাংহনননবগী হোংনবনচিংবা যুদ্ধনীতিগী মতাং ইরি' মহাত্মা বেদব্যাসনা পর্ব্ব অসিদা অধ্যায় চামগা মরিফু তরুক ইখি ॥২৪৪॥ তপস্যা কল্লবা ঋষি পুন্নক। মহাজ্ঞানী ওইববা বেদব্যাসনা উদ্যোগ পর্ব্ব অসিদা শ্লোক লিশিং তরুক চাতরুক মরিফুতরা নিপাল লেংখি। অদুগী মথংদা অঙকপা অকীবনা থল্লবা ভীষ্মপর্ব্ব হাযবা মতাং অদু ইখি ॥২৪৫—২৪৬॥ মতাং অসিদা সঞ্জযনা জম্বুদ্বীপ থোকখিবগী মতাং লীখি অদুগা মাসিদা যুধিষ্ঠিবগী লান্মীশিং যোইদোকনা লাংতকনবা অমদি অৱাবা ফংখি ॥২৪৭॥ মতাং অসিদা সুমিৎ তবানি চুপ্না অকীবগী মশক ফংনা লাল শোক্লবগী মতাং ইরি। লানফমদা শাগৈ নাতৈ মযাম উবদা সুংশি সুংঙোনবা পোক্লবা অর্জ্জুনগী চিংনবা অৱাবা কোকহনগে হায়দুনা থাঙ্গেশেংবা নারাযণগী মশক ওইববা শীংলবা শ্রীকৃষ্ণনা যুক্তি প্রমাণগা লোইননা সংসারগী অৱা অনাদগী লাম্থোকনবগী পাউতাক পীদুনা অর্জ্জুনগী চিংনবা অৱাবা পুন্নমকপু কোকহনখি ॥২৪৮—২৪৯॥ অসিগী মতুংদা পুকচেল চাউরবা কৃষ্ণনা অকীবা লৈতনা খুত্তা শাজৈ পাযদুনা থুনা য়াংনা রথতগী চোংথরক্কুনা ভীষ্মবু হাৎলগে হায়না চেনশিনখি ॥২৫০॥ অদুগী মতুংদা কৃষ্ণনা ৱাহৈগী মশক ওইরবা শাজৈনাথাবদা গাণ্ডীব পায়বা, খুলাই পায়বাশিংগী মরুংদা অথোইবা ওইবা অর্জ্জুননা শিখণ্ডিবু মাংদ থারগা থৌর থৌরবা তেল কয়ানা ভীষ্মদা থাদুনা রথদগী লৈমাই থক্ত তাহনখি ॥২৫১—২৫২॥

শরতল্পগতশ্চৈব ভীষ্মো যত্র বভূব হ। ষষ্ঠমেতৎ সমাখ্যাতং ভারত পর্ব্ব বিস্তৃতম্ ।।২৫৩।।

অধ্যায়ানাং শতং প্রোক্তং তথা সপ্তদশাপরে । পঞ্চ শ্লোক সহস্রাণি সংখ্যয়াষ্টৌ শতানি চ ।।২৫৪।।

শ্লোকাশ্চ চতুরাশীতিরস্মিন্ পর্ব্বণি কীর্ত্তিতাঃ। ব্যাসেন বেদবিদুষা সংখ্যাতা ভীষ্মপর্ব্বণি ।।২৫৫।। (যুগ্মকম্)

দ্রোণপর্ব্ব ততশ্চিত্রং বহুবৃত্তান্তমুচ্যতে। সৈনাপত্যেঽভিষিক্তোঽথ যত্রাচার্য্যঃ প্রতাপবান্ ।।২৫৬।।

দুর্য্যোধনস্য প্রীত্যর্থং প্রতিজজ্ঞে মহাস্ত্রবিৎ। গ্রহণং ধর্ম্মরাজস্য পাণ্ডুপুত্রস্য ধীমতঃ ॥২৫৭॥

যত্র সংশপ্তকাঃ পার্থমপনিন্যু রণাজিরাৎ। ভগদত্তো মহারাজো যত্র শক্রসমো যুধি।

সুপ্রতীকেন নাগেন সহ শান্তঃ কিরীটিনা ॥২৫৮॥

যত্রাভিমন্যুং বহবো জঘ্নুরেকং মহারথাঃ। জয়দ্রথমুখা বালং শূরমপ্রাপ্তযৌবনম্ ॥২৫৯॥

হতেঽভিমন্যৌ ক্রুদ্ধেন যত্র পার্থেন সংযুগে। অক্ষৌহিণীঃ সপ্ত হত্বা হতো রাজা জয়দ্রথঃ ॥২৬০॥

যত্র ভীমো মহাবাহুঃ সাত্যকিশ্চ মহারথঃ। অন্বেষণার্থং পার্থস্য যুধিষ্ঠিরনৃপাজ্ঞয়া।

প্রবিষ্টৌ ভারতীং সেনামপ্রধৃষ্যাং সুরৈরপি ।।২৬১॥

সংশপ্তকাবশেষঞ্চ কৃতং নিঃশেষমাহবে। সংশপ্তকানাং বীরাণাং কোট্যো নব মহাত্মনাম্ ॥২৬২॥

কিরীটিনাতিবিক্রম্য প্রাপিতা যমসাদনম্। অলম্বুষঃ শ্রুতায়ুশ্চ জলসন্ধশ্চ বীর্য্যবান্ ।।২৬৩।।

---

অসিগী মতুংদা ভীষ্মনা তেলগী যমুংথক্তা র্বান্থিখি। মহাভারততা অসিগুম্বা পাক চাউরবা মতাং অসি তকক শুবা ভীষ্ম পর্ব্ব হায়না খংনৈ ॥২৫৩॥ বেদ খংলবা ব্যাসনা ভীষ্মপর্ব্ব অসিদা অধ্যায চাম হুম্ফুতরা ইখি, অস্থগা শ্লোকতনা নিশিমঙা চানিপাল মরিকু মরিনি ॥ ২৫৪-২৫৫ ॥ অসিগী মতুংদা অমা মখা অযাম্বা নিংগিনা, হুশিবা অমদি অবিবগী র্বাবিনা থল্লবা দ্রোণপর্ব্ব ইখি। মপাঙ্গল কল্লবা দ্রোণাচার্য্যবু সেনাপতি হাপখি ॥২৫৬॥ খুলাইপম্বা খংলবা হৈরবা দ্রোণাচার্য্যনা দুর্য্যোধনগী পেলনবগীদমক পাণ্ডুগী মচা শিংলবা মহারাজ যুধিষ্ঠির ফাবিগে হায়না র্বাশকখি ।।২৫৭॥ সংশপ্তক কৌবা সুশর্ম্মাগী লাম্মা মপৈনা অমদি নারায়ণী তেঙ্গোমা লৈবা মফমদা অর্জ্জুনবু পুথোক্তুনা লাল শোক্নহনখি। অর্জ্জুননা ইন্দ্রগা মাননা কল্লবা ভগদত্তবু মহাক্কী সুপ্রতীক কৌবা শামুগা লোইননা হাংখি ॥২৫৮॥ মবক অসিদা অসোমদা জয়দ্রথনচিংবা অযাম্ব মহরথীশিংনা অমত্ত ওইহনা পাখং মপুং ফাত্রিবা কল্লবা অর্জ্জুনগী মচা অভিমন্যুবু মযাম চংহনা হাংখি ।।২৫৯।। অভিমন্যুনা লালদা শিখিবা অমদা মচাশিবগী অশাওবনা দুর্যোধনগী লাম্মী অক্ষৌহিণী তরেৎ হাংলবা তুংদা জয়দ্রথবু হাংখি ॥২৬০॥ মপাঙ্গল কল্লবা ভীম অমদি মহারথী ওইরবা সাত্যকি অনিমা যুধিষ্ঠিরগী য়াথং লৌহুনা অর্জ্জুনবু থীরগে হায়দুনা দেবতাশিংমক্তা ভময়ত্রবা কৌরব লাম্মী মরক্ত চংখি ।।২৬১।। অর্জ্জুননা থমথেংবা মপাঙ্গল উৎত্তুনা সংশপ্তকশিংবু অমত্ত থাক্তুনা হাংখি, মথোইশিংগী কোটি মাপল্পনি অদুগা কনবদনা অমমমন পান্দমনিংঙাই লৈতরনি, মথোইশিং অমবু অর্জ্জুনন মথক্তনা যমপুরদা থাখি। অদুগী মতুংদা অলম্বুষ, শ্রুতায়ু, জলসন্ধ, সোমদত্তগী মচা ভূরিশ্রবা, বিরাট দ্রুপদ, ধৃতরাষ্ট্রগী মচা অমা।, সুংজনা লাল শোক্নবা নারায়ণী লাম্মী মপৈ, আক্কপা

সৌমদত্তির্বিরাটশ্চ দ্রুপদশ্চ মহারথঃ। ধৃতরাষ্ট্রস্য পুত্রাশ্চ তথা পাষাণযোধিনঃ ॥২৬৪॥
নারায়ণাশ্চ গোপালাঃ সমরে চিত্রযোধিনঃ। ঘটোৎকচাদয়শ্চান্যে নিহতা দ্রোণপর্বণি ॥২৬৫॥ (কলাপকম্)
অশ্বত্থমাপি তত্রৈব দ্রোণে যুধি নিপাতিতে। অস্ত্রং প্রাদুশ্চকারোগ্রং নারায়ণমমর্ষণঃ ॥২৬৬॥
আগ্নেয়ং কীর্ত্ত্যতে যত্র রুদ্রমাহাত্ম্যমুত্তমম্। ব্যাসস্য চাপ্যাগমনং মহাত্ম্যং কৃষ্ণপার্থয়োঃ ॥২৬৭॥ (যুগ্মকম্)
সপ্তমং ভারতে পর্ব মহদেতদুদাহৃতম্। যত্র তে পৃথিবীপালাঃ প্রায়শো নিধনং গতাঃ ॥২৬৮॥
দ্রোণপর্বণি যে শূরা নির্দ্দিষ্টাঃ পুরুষর্ষভাঃ। অত্রাধ্যায়শতং প্রোক্তং তথাধ্যায়াশ্চ সপ্ততিঃ ॥২৬৯॥ (যুগ্মকম্)
অষ্টৌ শ্লোকসহস্রাণি তথা নব শতানি চ। শ্লোকা নব তথৈবাত্র সংখ্যাতাস্তত্ত্বদর্শিনা ॥২৭০॥
পারাশর্য্যেণ মুনিনা সঞ্চিন্ত্য দ্রোণপর্ব্বণি। অতঃ পরং কর্ণপর্ব্ব প্রোচ্যতে পরমাদ্ভুতম্ ॥২৭১॥ (যুগ্মকম্)
সারথ্যে বিনিয়োগশ্চ মদ্ররাজস্য ধীমতঃ। আখ্যাতং যত্র পৌরাণং ত্রিপুরস্য নিপাতনম্ ॥২৭২॥
প্রয়াণে পরুষশ্চাত্র সংবাদঃ কর্ণশল্যয়োঃ। হংসকাকীয়মাখ্যানং তত্রৈবাক্ষেপসংহিতম্ ॥২৭৩॥
বধঃ পাণ্ড্যস্য চ তথা অশ্বত্থাম্না মহাত্মনা। দণ্ডসেনস্য চ ততো দণ্ডস্য চ বধস্তথা ॥২৭৪॥
দ্বৈরথে যত্র কর্ণেন ধর্ম্মরাজো যুধিষ্ঠিরঃ। সংশয়ং গমিতো যুদ্ধে মিষতাং সর্ব্বধন্বিনাম্ ॥২৭৫॥
অন্যোন্যং প্রতি চ ক্রোধো যুধিষ্ঠিরকিরীটিনোঃ। যত্রৈবানুনয়ঃ প্রোক্তো মাধবেনার্জ্জুনস্য বৈ ॥২৭৬॥

---

কংনা লালশোন্নবা গোপালগী মপৈ অমদি ঘটোৎকচনচিংবা অকনবা কয়া হাৎখিবগী দ্রোণ-পর্ব্ব অসিদা বর্ণন তৌখি ॥ ২৬২-২৬৫ ॥

লান্দা দ্রোণাচার্য্যবু হাৎখ্রবদা মচা অশ্বত্থামানা শাউত্তুনা মচীন্দা মৈ হৌবরা নারায়ণাস্ত্র কৌবা খুৎলাইবু কাপখি, অসিগী মতুংদা নিংথিজরবা রুদ্রগী মহাত্ম্যবু বর্ণন তৌখি অদুগী মতুংদা ব্যাস মশান্নক লাকপগী ৱারী অদুগা কৃষ্ণার্জ্জুন অনিগী মতীক মগুণগী ৱারী শন্দোক্লা ইথখি ॥২৬৬—২৬৭॥ মহাভারতকী মনুংদা পাক চাউরবা মতাং অসি দ্রোণপর্ব্ব অসুম হায়না খংনৈ। কন-থৌরবনি অমদি অথোইবনি হায়না ফাওবা মহারথী অয়াম্বা দ্রোণপর্ব্বদা হাৎখি। হায়রিবা পর্ব্ব অসিদা অধ্যায় চাম স্তুতরা ব্যাসনা ইখি ॥২৬৮—২৬৯॥ পরাশরগী মচা তত্ত্বজ্ঞান লৈরবা, মহর্ষি বেদব্যাসনা মুন্না ৱাখল তৌদুনা পর্ব্ব অসিদা শ্লোক লিশিং নিপাল চামাপল রচনা তৌখি। অদুদগীদি অঙকপা সুংশিরবা থল্লবা কর্ণপর্ব্ব ইখি ॥২৭০—২৭১॥ মতাং অসিদা কর্ণগী সারথী ওইননবা মদ্রদেশকী নিংথৌ শল্যবু সারথী হাপখিবা, অদুগী মতুংদা থোইদোকনা কুইথ্রবা ত্রিপুরাসুর হাৎপগী মতাং ইথখি ॥২৭২॥ লালচাবা মতমদা কর্ণগা শল্যগা অনিগী ৱমথিরবা অমদি হংশি হৈতবা ৱাহৈনা ভাংনখিবা, অদুগী মতুংদা কর্ণগী নিন্দা তৌবগী ৱাহৈনা থল্লবা, কাক অমসুং কাঙ্গী ৱারী ইরি ॥ ২৭৩॥ কল্লবা অশ্বত্থামানা পাণ্ড্য দেশকী নিংথৌবু হাৎখি, অদুগী মতুংদা দণ্ডসেন অমদি দণ্ডনিংথৌবু হাৎখি ॥২৭৪॥ থোইনা কল্লবা কর্ণনা অয়াম্বা খুৎলাই পায়বা লাম্মীশিংগী মমাংদা চীল্লোক্লবা রথগী লান্দা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠির মশামককী মপুনশি লোয়রগদ্রা হায়রমক য়ৌনাচিংনবা পোকহনখি ॥ ২৭৫ ॥ যুধিষ্ঠির অমসুং অর্জ্জুন অনিগী অমনা অমদা শাউনবগী মতাং অদুগী মথংদা কৃষ্ণনা হায়জদনা অনিবু ইংথনহনখিবগী

প্রতিজ্ঞাপূর্ব্বকঞ্চাপি বক্ষো দুঃশাসনস্য চ। ভিত্বা বৃকোদর রক্তং পীতবান্ যত্র সংযুগে ॥২৭৭॥
দ্বৈরথে যত্র পার্থেন হতঃ কর্ণো মহারথঃ। অষ্টমং পর্ব্ব নির্দ্দিষ্টমেতদ্ভারতচিন্তকৈঃ ॥২৭৮॥
একোনসপ্ততিঃ প্রোক্তা অধ্যায়াঃ কর্ণপর্ব্বণি। চত্বার্য্যেব সহস্রাণি নব শ্লোকশতানি চ ॥২৭৯॥
চতুঃষষ্টিস্তথা শ্লোকাঃ পর্বণ্যস্মিন্ প্রকীর্ত্তিতা। অতঃ পরং বিচিত্রার্থং শল্যপর্ব্ব প্রকীর্ত্তিতম্ ॥২৮০॥ (যুগ্মকম)
হতপ্রবীরে সৈন্যে তু নেতা মদ্রেশ্বরোঽভবৎ। যত্র কৌমারমাখ্যানমভিষেচনকর্ম্ম চ ॥২৮১॥
বৃত্তানি চাথ যুদ্ধানি কীর্ত্ত্যন্তে যত্র ভাগশঃ। বিনাশঃ কুরুমুখ্যানাং শল্যপর্বণি কীর্ত্ত্যতে ॥২৮২॥
শল্যস্য নিধনঞ্চাত্র ধর্ম্মরাজমহাত্মনঃ। শকুনেস্ত বধোঽত্রৈব সহদেবেন সংযুগে ॥২৮৩॥
সৈন্যে চ হতভূয়িষ্ঠে কিঞ্চিচ্ছিষ্টে সুযোধনঃ। হ্রদং প্রবিশ্য যত্রাসৌ সংস্তভ্যাপো ব্যবস্থিতঃ ॥২৮৪॥
প্রবৃত্তিস্তত্র চাখ্যাতা যত্র ভীমস্য লুব্ধকৈঃ। ক্ষেপযুক্তৈর্বচোভিশ্চ ধর্ম্মরাজস্য ধীমতঃ ॥২৮৫॥
হ্রদাৎ সমুত্থিতো যত্র ধার্ত্তরাষ্ট্রোঽত্যমর্ষণঃ। ভীমেন গদয়া যুদ্ধং যত্রাসৌ কৃতবান্ সহ ॥২৮৬॥ (যুগ্মকম্)
সমবায়ে চ যুদ্ধস্য রামস্যাগমনং স্মৃতম্। সরস্বত্যাশ্চ তীর্থানাং পুণ্যতা পরিকীর্ত্তিতা ॥২৮৭॥
গদাযুদ্ধঞ্চ তুমুলমত্রৈব পরিকীর্ত্তিতম্। দুর্য্যোধনস্য রাজ্ঞোঽথ যত্র ভীমেন সংযুগে ॥২৮৮॥
ঊরূ ভগ্নৌ প্রসহ্যাজৌ গদয়া ভীমবেগয়া। নবমং পর্ব নির্দ্দিষ্টমেতদদ্ভুতমর্থবৎ ॥২৮৯॥ (যুগ্মকম্)

---

মতাং ইরি ॥ ২৭৬ ॥ ৱাশককী মতুং ইন্না ভীমনা দুঃশাসনগী মথবাক সেগাযদুনা ঈ থকখি ॥২৭৭॥ অদুগী মতুংদা চীল্লোক্লবা বথগী লান্দা অর্জ্জুননা মহারথী কর্ণবু হাংখি। মহাভারতকী মরমদা নৈনবা পণ্ডিতশিংনা নিপালশুবা মতাং অসিবু কর্ণপর্ব হায়না খংনবে ॥২৭৮॥ হায়রিবা কর্ণপর্ব অসিদা অধ্যায় হুম্ফুমপাল অদুগা শ্লোক লিশিং মরিগা চামাপল হুম্ফুমরি যাওরি। অদুগী মতুংদা অঙবপা শল্য পর্ববগী মতাং লাকলে ॥ ২৭৯-২৮০ ॥ কৌরব লান্মিশিংগী অথোই অথোইবা অকনবা মযাম হাংখ্রবা তুংদা শল্যনিংথৌনা সেনাপতি ওই. অসিগী মতুংদা কুমারগী ৱারী অমদি শল্যবু সেনাপতি হাপ্পগী মতাং ইরি ॥ ২৮১ ॥ শল্যপর্ব অসিদা মফম মফম থুদিংদা হৌখ্রবা লানফম কয়াবু নিংথিনা বর্ণন তৌখি, অদুগা কুরুপক্ষগী ৱারী শল্যপর্বদা যাওরি ॥ ২৮২ ॥ মহাত্মা ওইরবা যুধিষ্ঠিরগী মথুডা শল্য তুখি অদুগা সহদেবনা শকুনিবু হাংখি ॥ ২৮৩ ॥ অযান্বা লান্মীনা অমদি শরুক অযাম্বনা তুমখ্রবদা অরেম্বা ৱাজিক্ত ডাবরক্লদা দুর্য্যোধননা দ্বৈপায়ন হ্রদদা চংখিদুনা জলস্তম্ভ মন্ত্রনা ঈশিং মনুংদা লোত্তুনা লৈখি ॥ ২৮৪ ॥ অসিগী মতুংদা শাতানবাশিংনা ভীমগী মফমদা লাক্কুনা দুর্য্যোধননা ঈশিং মনুংদা লোংখিবগী পাউ তমখি, অদুদগী যুধিষ্ঠিরগী অদনবা ৱাহৈ তাবদা থোইনা শাউরবা দুর্য্যোধননা ঈশিং মনুংদগী থোরক্কুনা ভীমগা গদাগী লাল তৌখি ॥ ২৮৫-২৮৬ ॥

গদা লানগী দমক্ত তিন্নররিবা লান্মীশিংগী মরক্তা বলরামনা চংশিনলকপা অমদি সরস্বতী তুরেনগী অদুগা অতোপ্পা তীর্থ কয়াগী মহাত্ম্যগী বর্ণন তৌবগী মতাং লাবই ॥২৮৭॥ মতাং অসিরায়দা ভীম দুর্য্যোধন অনিগী অকনবা গদা লালবু বর্ণন তৌরি, অদুগী মতুংদা ভীমনা শাফু কল্পরা গদানা দুর্য্যোধনগী খুকউ অনিবু মপাঙল থেকনা নমদুনা থুদেকখি, অঙকপা অমদি অর্থনা তিল্লবা ৱারেং কয়ান থল্লবা

একোনষষ্টিরধ্যায়াঃ পর্বণাত্র প্রকীর্ত্তিতাঃ । সংখ্যাতা বহুবৃত্তান্তাঃ শ্লোকসংখ্যাত্র কথ্যতে ।।২৯০।।
ত্রীণি শ্লোকসহস্রাণি দ্বে শতে বিংশতিস্তথা । মুনিনা সংপ্রণীতানি কৌরবাণাং যশোভৃতা ।।২৯১।।
অতঃ পরং প্রবক্ষ্যামি সৌপ্তিকং পর্বদারুণম্ । ভগ্নোরুং যত্র রাজানং দুর্যোধনমমর্ষণম্ ।।২৯২।।
অপযাতেষু পার্থেষু ত্রয়স্তেঽভ্যাসমুঃ রথাঃ । কৃতবর্ম্মা কৃপো দ্রৌণিঃ সায়াহ্নে রুধিরোক্ষিতং ।।২৯৩ ( যুগ্মকম্ )
সমেত্য দদৃশুর্ভূমৌ পতিতং রণমূর্দ্ধনি । প্রতিজজ্ঞে দৃঢ় ক্রোধা দ্রৌণির্যত্র মহারথঃ ।।২৯৪।।
অহত্বা সর্বপাঞ্চালান্ ধৃষ্টদ্যুম্নপুরোগমান্ । পাণ্ডবাংশ্চ সহামাত্যান্ ন বিমোক্ষ্যামি দংশনম্ ।।২৯৫।।
যত্রৈবমুক্ত্বা রাজানমপক্রম্য ত্রয়ো রথাঃ । সূর্য্যাস্তমনবেলায়ামাসেদুস্তে মহদ্বনম্ ।।২৯৬।।
ন্যগ্রোধস্যাথ মহতো যত্রাধস্তাদ্ব্যবস্থিতাঃ । তত্র কাকান্ বহূন্ রাত্রৌ দৃষ্টোলূকেন হিংসিতান্ ।।২৯৭।।
দ্রৌণিঃ ক্রোধসমাবিষ্টঃ পিতুর্বধমনুস্মরন । পাঞ্চালানাং বধং প্রসুপ্তানাং বধং প্রতিমনোদধে ।।২৯৮।। ( যুগ্মকম )
গত্বা চ শিবিরদ্বারি দুর্দ্দর্শং তত্র রাক্ষসম্ । ঘোররূপমপশ্যৎ স দিবমাবৃত্য ধিষ্টিতম্ ।।২৯৯।।
তেন ব্যাঘাতমস্ত্রাণাং ক্রিয়মাণমবেক্ষ্য চ । দ্রৌণির্যত্র বিরূপাক্ষং রুদ্রমারাধ্য সত্বরঃ ।।৩০০।।
প্রসুপ্তান্নিশি বিশ্বস্তান্ ধৃষ্টদ্যুম্নপুরোগমান্ । পাঞ্চালান্ সপরীবারান্ দ্রৌপদেয়াংশ্চ সর্বশঃ ।
কৃতবর্ম্মণা চ সহিতঃ কৃপেণ চ নিজঘ্নিবান্ ।।৩০১।। ( যুগ্মকম্ )

---

মাপলশুবা মতাং অসিবু গদাপর্ব্ব হায়না থোন্দুনা লেংখি ।।২৮৮—২৮৯।। হায়রিবা পব্ব অসিদা অধ্যায় যংখৈ মাপল যাওরি অহুগা মাসিদা মুঙাইরবা ৱাবী কয়া যাওরি, শ্লোকশিংগী মশিং অমুক হায়রগে ।।২৯০।। কুরুবংশগী মতীক মগুণবু শক-হৈরবা বেদব্যাসনা পব্ব অসিদা শ্লোক লিশিং অহুম চনিকুল লেংখি ।।২৯১।। অসিগী মতুংদা অকীবা ফংলবা সৌতিক পব্বগী ৱারী লাকলে। নাপল তৌরবা নিংথৌ দুর্য্যোধনগী মখুউ থুদেক্লম্লগা ভীমনাচিংবনা চংখ্রবদা কৃতবর্ম্মা, কৃপাচার্য্য অমদি অশ্বত্থামা মহারথী অহুমনা সন্ধ্যাগী মতমদা পাণ্ডবকী লালশংদা থুংখি ।।২৯২—২৯৩।। লানফমদা ঈহং নাইহং শারবা দুর্য্যোধন নিংথৌগী হকচাংনা তাহনা লৈবত্রু মখোযনা উখি। মতম অদুদা থোইদোক্লা শাওরবা মহারথী অশ্বত্থামানা ৱাশকখি ।।২৯৪।। ধৃষ্টদ্যুম্ননাচিংবা অযাম্বা পাঞ্চালগী অকনবাশিংবু অমদি মন্ত্রীনচিংবগা লোইননা পাণ্ডবশিংবু হাংত্রিমখৈ ঐনা হকচাংদগী কবচবু লোথোকখিরোই ।।২৯৫।। হায়রিবা মীশক অহুম অসিনা দুর্য্যোধন নিংথৌদা ৱা অসি হায়রমলগা মফম অদুদগী চংখিদুনা সন্ধ্যাগী মতমদা চাউরবা বন অমগী মনাক্তান্না চংখি ।।২৯৬।। অহুগী মতুংদা মখোইনা ৱাং চাউরবা বট পাম্বীগী মখাদা লৈখি। মখোইগী মমুংদা অশ্বত্থামানা অহিংদা মকু অমনা কাক ময়াম হাৎপহু উরে ।।২৯৭।। মাহু উবদা লালফমদা মপা দ্রোণবু হাৎখিবহু নিংশিংলক্লুমা থোইদোক্লা শাওখিদুনা তুমদুনা লৈরিবা পাঞ্চালশিংবু অমদি পাণ্ডব মচাশিংবু হাৎকে হায়না নিংখ্রে ।।২৯৮।। অশ্বত্থামানা পাণ্ডবশিংগী লালশংদা চংখিবদা থোংদা চাউরবা অকীবগী মশক ফংলবা হিংচাবা অমনা মশানা অতিয়া ফাউবা শিনথুংনা ফমহনা, লৈবহু উরে, মিৎ চানহনা মাবু কুইনা য়েংবা ঙমদে ।।২৯৯।। অশ্বত্থামানা কাপ্পা খুংলাইশিংবু মানা হেক হেক ঙাকথোকলমই। মফম অদুদা ত্রিলোচন ওইবা রুদ্রবু অরাধনা তৌখি। ৩০০।। অদুদগী থুনা য়াংনা লালশংদা চংশিনখিদুনা ৱীবম ইত্তাও তাওনা তুমহুদা লৈরিবা ধৃষ্টদ্যুম্ননচিংবা পাঞ্চালগী অথোইবশিংবু অমদি

যত্রামুচ্যন্ত তে পার্থাঃ পঞ্চ কৃষ্ণবলাশ্রয়াৎ । সাত্যকিশ্চ মহেষ্বাসঃ শেষাশ্চ নিধনং গতাঃ ॥৩০২॥

পাঞ্চালানাং প্রসুপ্তানাং যত্র দ্রোণসুতাদ্বধঃ । ধৃষ্টদ্যুম্নস্য সূতেন পাণ্ডবেষু নিবেদিতঃ ॥ ৩০৩ ॥

দ্রৌপদী পুত্রশোকার্ত্তা পিতৃভ্রাতৃবধার্দ্দিতা । কৃতানশনসঙ্কল্পা যত্র ভর্ত্তৄনুপাবিশৎ ॥৩০৪॥

দ্রৌপদীবচনাদ্‌যত্র ভীমো ভীমপরাক্রম । প্রিয়ং তস্যাশ্চিকীর্ষন্ বৈ গদামাদায় সত্বরঃ ।
অন্বধাবৎ সুসংক্রুদ্ধো ভারদ্বাজং গুরোঃ সুতম্ ॥ ৩০৫ ॥

ভীমসেনভয়াদ্‌যত্র দৈবেনাভিপ্রচোদিত । অপাণ্ডবায়েতি রুষা দ্রৌণিরস্ত্রমবাসৃজৎ ॥৩০৬॥

মৈবমিত্যব্রবীৎ কৃষ্ণঃ শময়ংস্তস্য তদ্বচঃ । যত্রাস্ত্রমস্ত্রেণ চ তৎ শময়ামাস ফাল্গুনঃ ॥ ৩০৭॥

দ্রৌণেশ্চ দ্রোহবুদ্ধিত্বং বীক্ষ্য পাপাত্মনস্তদা । দ্রৌণিদ্বৈপায়নাদীনাং শাপাশ্চান্যোন্যকারিতাঃ ॥৩০৮॥

মণিং তথা সমাদায় দ্রোণপুত্রান্মহারথাৎ । পাণ্ডবাঃ প্রদদুর্হৃষ্টা দ্রৌপদ্যৈ জিতকাশিন ॥৩০৯॥

এতদ্বৈ দশমং পর্ব সৌপ্তিকং সমুদাহৃতম্ । অষ্টাদশাস্মিন্নধ্যায়াঃ পর্বণ্যুক্তা মহাত্মনা ॥৩১০।

শ্লোকানাং কথিতান্যত্র শতান্যষ্টৌ প্রসংখ্যয়া । শ্লোকাশ্চ সপ্ততিঃ প্রোক্তা মুনিনা ব্রহ্মবাদিনা ॥৩১১॥

সৌপ্তিকৈষীকসম্বন্ধে পর্বণ্যুত্তমতেজসা অত ঊর্দ্ধমিদং প্রাহুঃ স্ত্রীপর্ব্ব করুণোদয়ম্ ॥৩১২॥ ( যুগ্মকম্ )

পুত্রশোকাভিসন্তপ্তঃ প্রজ্ঞাচক্ষুর্নরাধিপঃ । কৃষ্ণোপনীতাং যত্রাসাবায়সীং প্রতিমাং দৃঢাম্ ॥৩১৩॥

---

লালমীশিংগা লোইনববা পাণ্ডবকী মচাশিংবু হাৎখি ॥৩০১॥ শ্রীকৃষ্ণগী থৌজান্দগী মাতুদা হাৎখিদহৌনা হিংহৌবা হায়ববু পাণ্ডব মঙাগা কল্লবা সাত্যকিগা তরুক অসিদনি অতৈদি লোইনা হাৎখ্রে ॥৩০২॥ অদুগী মতুংদা ধৃষ্টদ্যুম্নগী সারথীনা, তুমদুনা লৈবিবা পাঞ্চালশিংবু অমদি দ্রোপদীগী মচাশিংবু অশ্বত্থামানা হাৎখ্রে, হায়বসি পাণ্ডবশিংদা তম্মুরে ॥৩০৩॥ মচা কায়নবগী ৱারবী অমদি মপা-মবুং হাৎখিবগী ৱারবী দ্রৌপদীনা চরাহেন্দুনা শিগ্রগে হায়দুনা মপুরোইবা মনাক্ত চংদুনা হাযজখি ॥৩০৪॥ দ্রৌপদীগী ৱা তাবদা অকীবগী মশক ফংনা কল্লবা ভীমসেননা থোইদোক্না অশাউবগা লোইননা মাগী অচৌবা গদা পায়খত্তুনা দ্রৌপদীগী মবুক পেন্নবা গুরু দ্রোণগী মচা অশ্বত্থামাবু প্র-প্রপ তান্নবকই ॥৩০৫॥ ভীমবু কীবনা লাইনা ইনশিন্নকপনা অমদি শাউনিংখিবনা অস্ত্রম হাযনা লাউরককই— 'ঙসিগী সুমিত্ত ঐনা পৃথিবীবু পাণ্ডব মন্নাদগী কায়নহনগনি” অসি হায়দুনা অশ্বত্থামানা ককপা ঙমফদ্রবা থুৎলাই থখী ॥৩০৬॥ কৃষ্ণনা থুং থাংগত্তুনা মাদু তৌগনু হাযনা থামখি, অর্জ্জুননা মাদু য়াদহনা মাগী থুংলায়না অশ্বত্থামাগী থুংলায়বু থিংখি ॥৩০৭॥ মতম অদুদা পাপ চেন্নবা অশ্বত্থামাগী হিংসাগী বুদ্ধি অদু উবদা বেদব্যাসনা শাপ তৌখি ; অশ্বত্থামাসু ব্যাসপু শাপ তৌখি, অসুম্না অমগা অমগা শাপ তৌনরে ॥৩০৮॥ লাল জয়না মথক্কাই নুংঙাইরবা পাণ্ডবশিংনা মহারথী অশ্বত্থামাদগী মমল য়াম্নবা মণি অমা লৌদুনা দ্রৌপদীগী মখুত্তা পিখি ॥৩০৯॥ সৌপ্তিক পর্ব্বগী বিষয় ময়াম অসি শমনা লিরবনি মাসিনা মহাভারতকী সৌপ্তিক তরাশুবা পর্ব্ব হায়বনি মহাত্মা ওইরবা বেদ ব্যাসনা পর্ব্ব অসিগী মনুংদা অধ্যায় তরানিপাল লেংখি ॥৩১০॥ বেদ থংলবা মতিক্ মগুণ চাউরবা ব্যাসনা পর্ব্ব অসিদা শ্লোক চানিপাল হুম্ফুতরা লেংখি । সৌপ্তিক পর্ব্ব অসিমি ঐষিক পর্ব্ব হায়রিবসি । অসিগী মতুংদা নুংশি নুংঙোলবনা থল্লবা স্ত্রী পর্ব্ব হৌবা মতাং লাক্লে ॥৩১১ - ৩১২॥ মমিৎ উত্রবা অহন ওইরবা ধৃতরাষ্ট্রনা মচা কায়নকী অরা নুংঙাইতবগী

ভীমসেনাদ্রোহবুদ্ধির্ধৃতরাষ্ট্রো বভঞ্জ হ । তথা শোকাভিতপ্তস্য ধৃতরাষ্ট্রস্য ধীমতঃ ।।৩১৪।।
সংসারদহনং বুদ্ধ্যা হেতুভির্মোক্ষদর্শনৈঃ । বিদুরেণ চ যত্রাস্য রাজ্ঞ আশ্বাসনং কৃতম্ ।।৩১৫।। ( বিশেষকম্ )
ধৃতরাষ্ট্রস্য চাত্রৈব কৌরবায়োধনং প্রতি । সান্তঃপুরস্য গমনং শোকার্ত্তস্য প্রকীর্ত্তিতম্ ।।৩১৬।।
বিলাপো বীরপত্নীনাং যত্রাতিকরুণঃ স্মৃতঃ । ক্রোধাবেশঃ প্রমোহশ্চ গান্ধারীধৃতরাষ্ট্রয়োঃ ।।৩১৭।।
যত্র তান্ ক্ষত্রিয়াঃ শূরান্ সংগ্রামেষ্বনিবর্ত্তিনঃ । পুত্রান্ ভ্রাতৄন্ পিতৄংশ্চৈব দদৃশুর্নিহতান্ রণে ।।৩১৮।।
পুত্রপৌত্রবধার্ত্তায়াস্তথাত্রৈব প্রকীর্ত্তিতা । গান্ধার্য্যাশ্চাপি কৃষ্ণেন ক্রোধোপশমনক্রিয়া ।।৩১৯।।
যত্র রাজা মহাপ্রাজ্ঞঃ সর্ব্বধর্ম্মভৃতাং বরঃ । রাজ্ঞাং তানি শরীরাণি দাহয়ামাস শাস্ত্রতঃ ।।৩২০।।
তোয়কর্ম্মণি চারব্ধে রাজ্ঞামুদকদানিকে । গূঢ়োৎপন্নস্য চাখ্যানং কর্ণস্য পৃথয়াত্মনঃ ।।৩২১।।
সুতস্যৈতদিহ প্রোক্তং ব্যাসেন পরমর্ষিণা । এতদেকাদশং পর্ব্ব শোকবৈক্লব্যকারকম্ ।।৩২২।। ( যুগ্মকম্ )
প্রণীতং সজ্জনমনো বৈক্লব্যাশ্রুপ্রবর্ত্তকম্ । সপ্তবিংশতিরধ্যায়াঃ পর্ব্বণ্যস্মিন্ প্রকীর্ত্তিতাঃ ।।৩২৩।।
শ্লোকসপ্তশতী চাপি পঞ্চসপ্ততিসংযুতা । সংখ্যয়া ভারতাখ্যানমুক্তং ব্যাসেন ধীমতা ।।৩২৪।।
অতঃ পরং শান্তিপর্ব্ব দ্বাদশং বুদ্ধিবর্দ্ধনম । যত্র নির্ব্বেদমাপন্নো ধর্ম্মরাজো যুধিষ্ঠিরঃ ।।৩২৫।।

---

মৈচাক্ত লুপখি। তাঞ্জা অসিদা কৃষ্ণনা লাক্তুনা য়োংনা শাবা কল্লবা মুর্ত্তি অমা পীরে, মাতবু ধৃতরাষ্ট্রনা ভীম ওইরবোই খন্দুনা কম্না কোনবদগী থুদেকখি। বিদুরনা মশা মথন্তগী জ্ঞানগী পান্থনা সংসারদগী অরানবা খুবম ফংনবগী লম্বীবু বেদ-বেদান্তগী যুক্তি কাযদনা পাউ পীতুনা মচা কাযনবগী ৱাবরা ধৃতবাষ্ট্রগী মফমদা তাকখি ।।৩১৩—৩১৪—৩১৫।। অসিগী মতুংদা মচা কাযনবগী অৱাবনা থল্লবা ধৃতরাষ্ট্রনা কোঙ্গং মনুংদগী মুপীশিংগা লোইননা কৌরবকা পাণ্ডবকা হাৎনখিব লানফম অদু তাম্না চৎপগী মতাং ইরি ।।৩১৬।। হাযবিবা স্ত্রী পর্ব অসিদা অকনবা পোকপী, অকনবগা লোয়নবী ওইবা মুপীশিংগী থম্মোই শোক্না কপ্পগী অমদি গান্ধারী ধৃতরাষ্ট্র অনিগী অশাওবা অমদি শুঙ্গাৎপগী মতাং ইরি ।।৩১৭।। লানফমদগী মমা ওন্দনা শিখ্রবা মপা, মপুরোইবা, মবুং মৌপন্বা, মচামচুশিংগী অশিবা হকচাংশিং অদুবু ক্ষত্রিযগী মুপীশিংনা উখি ।।৩১৮।। গান্ধারীনা মচামচুশিংগী শিবগী ৱাবনা পোৎথাকম খংদ্রবদা কৃষ্ণনা মথল মথা অয়াম্বা থেমজিনবা ৱাহৈনা অশাওবা মুংঙাইতববু কোকহনখি ।।৩১৯।। ধর্ম্ম খংবশিংগী মন্থুংদা অথোইবা, শিংলবা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা শাস্ত্রগী নিয়ম কাযদনা অশিবা হকচাংশিং অদুবু সংস্কার তৌখি ।।৩২০।। নিংথৌ মচাশিংগী তর্পন তৌবা হৌরকপদা কুন্তীনা ইহান হানবদা কনা অমত্তনা খংহৌদনা পোকখিবা কর্ণবু মচানি হায়না তাকখোকখি ।।৩২১।। মহর্ষি বেদব্যাসনা লেংখ্রবা তরামাথোইশুবা পর্ব অসিনা অতাবা মীশিংগী থম্মোইদা অৱাবা মুংঙাইতবা মুংশি মুংঙোনবা থোকহনখি ।।৩২২।। হায়রিবা স্ত্রী পর্ব অসিনা সাধু ওইবশিংগী থম্মোইবু তপথহন্দে মিত্তগী পী শিংহনবী পর্ব অসিদা অধ্যায় কুনগ তরেৎ ইরি ।।৩২৩ ।। অধ্যায়শিং অসিদা শ্লোক চাতরেৎ হুম্ফু তরা মঙা যাওরি। থোইদোক্না জ্ঞানী ওইরবা বেদ ব্যাসনা পর্ব পুম্নমক অসিনা মপুংফারবা মহাভারত তৌবা পুরাণবু হেংদোকখি ।।৩২৪।। অসিগী মথংদা বুদ্ধি চাউখৎহনবগী মথক ওইরবা তরানিথোইশুবা শান্তি

ধাতয়িত্বা পিতৄন্ ভ্রাতৄন্ পুত্রান্ সম্বন্ধিমাতুলান্। শান্তিপর্ব্বণি ধর্ম্মাশ্চব্যাখ্যাতাঃ শারতল্পিকাঃ ॥৩২৬॥ (যুগ্মকম্)
রাজভির্বেদিতব্যাস্তে সম্যগ্ জ্ঞানবুভুৎসুভিঃ। আপদ্ধর্ম্মাশ্চ তত্রৈব কালহেতুপ্রদর্শিনঃ ॥৩২৭॥
যান্ বুদ্ধা পুরুষঃ সম্যক্ সর্ব্বজ্ঞত্বমবাপ্নুয়াৎ। মোক্ষধর্ম্মাশ্চ কথিতা বিচিত্রা বহুবিস্তরাঃ ॥৩২৮॥
দ্বাদশং পর্ব্ব নির্দ্দিষ্টমেতৎ প্রাজ্ঞজনপ্রিয়ম্। অত্র পর্ব্বণি বিজ্ঞেয়মধ্যায়ানাং শতত্রয়ম্ ॥৩২৯॥
ত্রিংশচ্চৈব তথাধ্যায়া নব চৈব তপোধনাঃ!। চতুর্দ্দশ সহস্রাণি তথা সপ্ত শতানি চ ॥৩৩০॥
সপ্ত শ্লোকাস্তথৈবাত্র পারাশর্য্যেণ ধীমতা। অত ঊর্দ্ধন্তু বিজ্ঞেয়মনুশাসনমুত্তমম্ ॥৩৩১॥
যত্র প্রকৃতিমাপন্নঃ শ্রুত্বা ধর্ম্মবিনিশ্চয়ম্। ভীষ্মাদ্ভাগীরথীপুত্রাৎ কুরুরাজো যুধিষ্ঠিরঃ ॥৩৩২॥
ব্যবহারোঽত্র কাৎস্নে‍্যন ধর্ম্মার্থীয়ঃ প্রকীর্ত্তিতঃ। বিবিধানাঞ্চ দানানাং ফলযোগাঃ পৃথগ্বিধাঃ ॥৩৩৩॥
তথা পাত্রবিশেষাশ্চ দানানাঞ্চ পরো বিধিঃ। আচারবিধিযোগশ্চ সত্যস্য চ পরা গতিঃ ॥৩৩৪॥
মহাভাগ্যং গবাং চৈব ব্রাহ্মণানাং তথৈব চ। রহস্যঞ্চৈব ধর্ম্মাণাং দেশকালোপসংহিতম্ ॥৩৩৫॥
এতৎ সুবহুবৃত্তান্তম্ উত্তমঞ্চানুশাসনম্। ভীষ্মস্যাত্রৈব সম্প্রাপ্তিঃ স্বর্গস্য পরিকীর্ত্তিতা ॥৩৩৬॥
এতত্ত্রয়োদশং পর্ব্ব ধর্ম্মনিশ্চয়কারকম্। অধ্যায়ানাং শতং তত্র ষট্চত্বারিংশদেব তু ॥৩৩৭॥

---

পর্ব্ব হায়বদু বর্ণন তৌই। মতাং অসিদা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা মপা, মখুড়া, মচিন মনাও, মচা-মশু অমদি মকু মক্কাক, মশেল-মবাই থোকপা ভায় শেল, শাগৈ নাত্তে হাংখিবগী থোইদোক্না থমোইদা হৈনিংদবা অমদি মুংঙাইতবা পোকখি। অদুগী মতুংদা তেনগী ফম্মুংদা হিপ্পুনা লৈরিবা ভীষ্মনা রাজ ধর্ম্ম তাকখি॥৩২৫—৩২৬॥ থাঙ্গৈশংবা জ্ঞানবু ফংনিংবা মীশিংনা নিংথৌশিংগী অসিগুম্বা রাজ ধর্ম্ম অসিবু শোয়দনা খংফম থোকই। শান্তি পর্ব্ব অসিদা দেশ, কাল, পাত্রগী মতুংইন্না তৌগদৌবা লম্বী তাকপা আপদ্ধর্ম্মগী ৱারু শন্দোক্ন ইখ্রি॥৩২৭॥ মীওইবনা জ্ঞান অদুবু ফংলগা হিবম পুন্নমক্কা অফ ফত্ত ৱাখল পুন্নমক খন্ননবগী শক্তি পোকলিবা মোক্ষ ধর্ম্ম হায়বদুসু পর্ব্ব অসিদা অৱকপা ফংনা য়াম্না শন্দোক্না ইরি॥৩২৮॥ পণ্ডিতশিংগী মফমদা থোইদোক্না অপাম্বা মুংশিনফম ওইরবা তরা-নিথোইশুবা পর্ব্বগী ৱাশিং অসি শম্পাংনা লিরবনি, হে তপস্যা কল্লবা ঋষি পূন্নমক। পর্ব্ব অসিদা বেদব্যাসনা অধ্যায় চহুম কুন্থ্রা মাপল অহুগা শ্লোক লিশিং তরামরি চাতরেৎকা তরেৎ লেংখি। অসিগী মতুংদা অনুশাসন পর্ব্ব কৌবা অথোইবা মতাং অমা লাক্নে হায়বসি খংবিগদৌবনি॥৩২৯-৩৩১॥

পর্ব্ব অসিগী মনুংদা কুরুশাগৈগী নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা গঙ্গাগী মচা ভীষ্মগী মফমদগী ধর্ম্মগী ৱা তাম্লনা পুক্নিংদা তপথবা ফংখি॥৩৩২॥ পর্ব্ব অসিদা ধর্ম্মগী অমদি অর্থগী আচার ব্যবহার পুন্নমক মপুংফানা ইখ্রবনি। মখল মখা অয়াম্বা দান অমসুং মখোয়গী ফল মথংশিংনা ইখ্রবনি॥৩৩৩॥ দান তৌবদা মতিক চাবা মী, মীওইবনা চংকদবা লমচৎ অমদি অচুম্বগী থাঙ্গৈশংবা মওং লোইন তাকখ্রবনি॥৩৩৪॥ শন্সিংগী অমদি ব্রাহ্মণশিংগী মতিক মগুণ অদুগা মফম মতম মতুংইন্না ধর্ম্মগী অথুপ্পা পুম্বা লোইনা তাকখ্রবনি॥৩৩৫॥ খৱাইদগী কানরবা হায়নিবা অনুশাসন কৌবা পর্ব্ব অসিদা মখল মখা অয়াম্বা ৱারী য়াওরি অদুগা পর্ব্ব অসিদা ভীষ্মনা স্বর্গ কাখিবগী মতাংসু নিংথিনা ইরি॥৩৩৬॥

ধর্ম্মগী অসেংবা মওং তাকলবা, তরা হুমদোই শুবা মহাভারতকী পর্ব্ব অসিদা অধ্যায় চামগা

শ্লোকানাস্তু সহস্রাণি প্রোক্তান্যষ্টৌ প্রসংখ্যয়া । ততোঽশ্বমেধিকং নাম পর্ব্ব প্রোক্তং চতুর্দ্দশম্ ॥৩৩৮॥
তৎ সংবর্ত্তমরুত্তীয়ং যত্রাখ্যানমনুত্তমম্ । সুবর্ণকোষসংপ্রাপ্তিঃ জন্ম প্রোক্তং পরীক্ষিতঃ ॥৩৩৯॥
দগ্ধস্যাস্ত্রাগ্নিনা পূর্ব্বং কৃষ্ণাৎ সঞ্জীবনং পুনঃ । চর্য্যায়াং হয়মুৎসৃষ্টং পাণ্ডবস্যানুগচ্ছতঃ ॥৩৪০॥
তত্র তত্র চ যুদ্ধানি রাজপুত্রৈরমর্ষণৈঃ । চিত্রাঙ্গদায়াঃ পুত্রেণ স্বপুত্রেণ ধনঞ্জয়ঃ ॥৩৪১॥
সংগ্রামে বভ্রুবাহেন সংশয়ঞ্চাত্র জগ্মিবান্ । সুদর্শনং তথাখ্যানং বৈষ্ণবং ধর্ম্মমেব চ ॥৩৪২॥ (বিশেষকম্)
অশ্বমেধে মহাযজ্ঞে নকুলাখ্যানমেব চ । ইত্যাশ্বমেধিকঃ পর্ব্ব প্রোক্তমেতন্মহাদ্ভুতম্ ॥৩৪৩॥
অত্রাধ্যায়শতং ত্রিংশত্তথাধ্যায়াশ্চ শব্দিতাঃ । ত্রীণি শ্লোকসহস্রাণি তাবন্ত্যেব শতানি চ ॥৩৪৪॥
বিংশতিশ্চ তথা শ্লোকাঃ সংখ্যাতাস্তত্ত্বদর্শিনা । ততশ্চাশ্রমবাসাখ্যং পর্ব্ব পঞ্চদশং স্মৃতম্ ॥৩৪৫॥
যত্র রাজ্যং সমুৎসৃজ্য গান্ধার্য্যা সহিতো নৃপঃ । ধৃতরাষ্ট্রোঽশ্রমপদং বিদুরশ্চ জগাম হ ॥৩৪৬॥
যং দৃষ্ট্বা প্রস্থিতং সাধ্বী পৃথাপ্যনুযযৌ তদা । পুত্ররাজ্যং পরিত্যজ্য গুরুশুশ্রূষণে রতা ॥৩৪৭॥
যত্র রাজা হতান্ পুত্রান্ পৌত্রানন্যাংশ্চ পার্থিবান্ । লোকান্তরগতান্ বীরান্ অপশ্যৎ পুনরাগতান্ ॥৩৪৮॥
ঋষেঃ প্রসাদাৎ কৃষ্ণস্য দৃষ্ট্বাশ্চ [illegible] ত্যক্ত্বা শোকং সদারশ্চ সিদ্ধিং পরমিকাং গতঃ ॥৩৪৯॥

---

নিফু তরুক অদুগা শ্লোক লিশিংনিপাল যাওবি অদুগী মতুংদা আশ্বমেধিক কৌবা তরামবি শুবা পর্ব্ব লাক্লে ॥ ৩৩৭-৩৩৮ ॥ পর্ব অসিদা সম্বর্ত্তমুনি অমসুং মরুত্ত নিংথৌগী ৱারী যাওরি, হিমালয়দা যুধিষ্ঠিরনা শনাগী মপৈ ফংখিবা অমদি পরীক্ষিৎ পোকখিবগী মতাং ইরি ॥ ৩৩৯ ॥ অশ্বত্থামাগী মৈহৌরবা খুৎলাইনা পরীক্ষিৎপু চাকলকলবদা কৃষ্ণনা মাবু কনবিদুনা হিংহনখি। অদুগী মতুংদা মনিংমখা তন্না চৎনিংবা মফমদা চৎননবগীদমক অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোল থাদোকখি, অর্জ্জুননা শগোলগী মতুংইনখি ॥৩৪০॥ মফম মফম খুদিংদা অর্জ্জুননা শাওরবা নিংথৌমচা কয়াগা লাল শোরুখি, চিত্রাঙ্গদাগী মচা অর্জ্জুন মশামকনা পোকপামক্কা অর্জ্জুনগা শোকনখি ॥ ৩৪১ ॥ মচা বভ্রুবাহনগী মথুক্তা অর্জ্জুনগী মপুন্নসিং লোইখিগদ্রা হায়না চিংনবা, অদুগী মতুংদা সুদর্শনগী ৱারী অমদি বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মরম মুন্না তাক্লি ॥৩৪২॥ অশ্বমেধ যজ্ঞ লোইরবা তুংদা নকুলগী ৱারী ইরি। অসুম তৌদুনা অঙকপা ফংলবা আশ্বমেধিক কৌবা পর্ব ইখ্রে ॥৩৪৩॥ পর্ব্ব অসিদা অধ্যায় চাম কুন্থ্র য়াওরি, শ্লোকনা লিশিং অহুম চহুম কুননি। মাদুগী মতুংদা আশ্রমবাসিক কৌবা তরামঙাশুবা পর্ব লাকলে ॥ ৩৪৪-৩৪৫ ॥ আশ্রম বাসিক কৌবা পর্ব্ব অসিদা গান্ধারীগা লোয়ননা ধৃতরাষ্ট্র অমদি বিদুরনা লৈবাক থাদোক্তুনা আশ্রমদা চৎখিবগী মতাং ইরি ॥ ৩৪৬ ॥ মতম কুইনা গুরুগী সেবাদা পুক্নিংচংলবী মপুকচেল কন্নরবী কুন্তীনা ধৃতরাষ্ট্রনা লৈবাক থাদোকতুনা আশ্রমদা চৎপা উবদা, মচা যুধিষ্ঠিরগী লৈবাক থাদোক্তুনা ধৃতরাষ্ট্রগী মতুং ইনখি ॥ ৩৪৭ ॥ মচা মগু অমদি কল্লবা ক্ষত্রিয় কয়ানা লান্দা শিখিদুনা অতোপ্পা লোকতা চৎখ্রে, অদুগা মখোয়না অমুক পোক্তুনা অতোপ্পা লোক অমদা লৈরম্লু ধৃতরাষ্ট্রনা উখি ॥ ৩৪৮ ॥ ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌনা বেদব্যাসগী থৌজালদগী থোইদোকনা অঙকপগী মশক ওইরবা বিষয় পুম্নমক ভাদুনা অরাবা নিংঙমদবা পুম্নমক থাদোক্তুনা গান্ধারীগা লোয়ননা অথোইবা অরোয়বা খুবম ফংখি ॥৩৪৯॥

যত্র ধর্ম্মং সমাশ্রিত্য বিদুরঃ সুগতিং গতঃ। সঞ্জয়শ্চ মহামাত্যো বিদ্বান্ গাবল্‌গণিবশী ॥৩৫০॥
দদর্শ নারদং যত্র ধর্ম্মরাজো যুধিষ্ঠিরঃ। নারদাচ্চৈব শুশ্রাব বৃষ্ণীনাং কদনং মহৎ ॥৩৫১॥
এতদাশ্রমবাসাখ্যং পর্ব্বোক্তং সুমহাদ্ভুতম্। দ্বিচত্বারিংশদধ্যায়াঃ পর্ব্বৈতদভিসংখ্যয়া ॥৩৫২॥
সহস্রমেকং শ্লোকানাং পঞ্চশ্লোকশতানি চ। ষড়েব চ তথা শ্লোকাঃ সংখ্যাতাস্তত্ত্বদর্শিনা ॥৩৫৩॥
অতঃ পরং নিবোধেদং মৌসলং পর্ব্ব দারুণম্। যত্র তে পুরুষব্যাঘ্রাঃ শস্ত্রস্পর্শহতা যুধি ॥৩৫৪॥
ব্রহ্মদণ্ডবিনিষ্পিষ্টাঃ সমীপে লবণাম্ভসঃ। আপানে পানকলিতা দৈবেনাভিপ্রচোদিতাঃ ॥৩৫৫॥
যত্র সবক্ষয়ং কৃত্বা তাবুভৌ রামকেশবৌ। নাতিচক্রমতুঃ কালং প্রাপ্তং সর্ব্বহরং সমম্ ॥ ৩৫৬ ॥
যত্রার্জ্জুনো দ্বারবতীমেত্য বৃষ্ণিবিনাকৃতাম্। দৃষ্ট্বা বিষাদমগমৎ পরাঞ্চার্ত্তিং নরর্ষভঃ ॥ ৩৫৭ ॥
স সংস্কৃত্য নরশ্রেষ্ঠং মাতুলং শৌরিমাত্মনঃ। দদর্শ যদুবীরাণামাপানে বৈশসং মহৎ ॥৩৫৮॥
শরীরং বাসুদেবস্য রামস্য চ মহাত্মনঃ। সংস্কারং লম্ভয়ামাস বৃষ্ণীনাঞ্চ প্রধানতঃ ॥ ৩৫৯ ॥
স বৃদ্ধবালমাদায় দ্বারবত্যাস্ততো জনম্। দদর্শাপদি কষ্টায়াং গাণ্ডীবস্য পরাভবম্ ॥ ৩৬০ ॥
সার্ব্বষাঞ্চৈব দিব্যানামস্ত্রাণামপ্রসন্নতাম্। নাশং বৃষ্ণিকলত্রাণাং প্রভাবাণামনিত্যতাম্ ॥৩৬১॥ (যুগ্মকম্)

---

ধৃতরাষ্ট্রগী অথোইবা মন্ত্রী জ্ঞানী ওইরবা অমদি ইন্দ্রিয় খুদম চল্লবা গবল্‌গণগী মচা সঞ্জয়না অমদি বিদুরনাচিংবসু ধর্ম্মগী লম্বীদা চৎখিদুনা অথোইবা খুবম্ ফংখি ॥ ৩৫০ ॥ ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা নারদগা উনখি, নারদগী মফমদগী যদুবংশনা মুৎখিবগী পাউ তাখি ॥ ৩৫১ ॥ থোইদোকনা ঙক্লবা আশ্রম বাসিক কৌবা পর্ব্বসি অসুম্না ইখি অসিদা অধ্যায় নিফুনিথোই য়াউরি ॥ ৩৫২ ॥ তত্ত্ব খংলবা বাসনা অধ্যায়শিং অসিদা শ্লোক লিশিং অমগা চাম তরা মাথোই যাওরি ॥৩৫৩॥ অসিগী মতুংদা অকীবগী মশক ফংলবা মৌসল পর্ব্ব কৌবা মতাং লাক্লে পর্ব্বসি ফাওরবা কল্লবা যদুবংশগী মী পুন্নমক অমদা অমগী খুৎলাইনা থেংবদদা তুমনা মাংখি ॥ ৩৫৪ ॥ ব্রাহ্মণগী শাপতগী হান্নদগী হৌনা মাগী মাগী পুনসি ককথ্রবা যাদবশিংনা লবণ সমুদ্রগী মপান্দা সুরা পান তৌরবদগী ভাউনখিদুনা লাইনা তমথ্রবনা সমুদ্র মপান্দা-হৌবা শীংনাং মথোক থেক থেক্লুনা বজ্রগী মশক ওইনা অমগা অমগা থানডুনা হাংনখি ॥ ৩৫৫ ॥ পুন্নমকপু মাংহনবা ভয়বা মতম কৌবা লাইনা লাক্লবদা কৃষ্ণ-বলরাম অনিসু অতোপ্পা মীচমগী মতৌগুম লাম্থোক্লুনা চৎপা ভমখিদ্রে ॥ ৩৫৬ ॥ নিপাগী মতুংদা অথোইবা ওইরবা অর্জ্জুননা যদুবংশ মুৎথ্রবা দ্বারকাবু উবদুদা পুক্নিংদা থোইদোকনা অৱাবা পোকখি ॥৩৫৭॥ অর্জ্জুননা মাগী মাতুল ওইরবা বসুদেবগী সংস্কার তৌরমলগা সুরাপান তৌবনা ভাউদুনা তুমনা হাৎনরবা যাদবশিংবু উরম্মী ॥ ৩৫৮ ॥ অদুদগী, অর্জ্জুননা বাসুদেবগী অমদি মহাত্মা ওইরবা বলরামগী অমদি অথোইবা যাদবশিংগী অশিবা হকচাংশিং অদু সংস্কার তৌখি ॥ ৩৫৯ ॥ অদুগী মতুংদা অর্জ্জুননা দ্বারকাদগী সুপী অভাং পুন্নমক পুদুনা লাকপদা ডাকুশিংন মহাকপু আক্রমণ তৌই অৱাবা মতমদা গাণ্ডীব লীরংনা মাইথিবা ফংখিবা অমদি খোরবা অথোইবা খুংলাই পুন্নমকনা মহীময়াগ্ন চয়কপা অমদি শিজিন্নবা কাউরকপা, যদুবংশগী সুপীশিংবু মুন্দুনা পুখিবা অমদি মশাগী শক্তি হল্লরকপা অসি পুন্নমক্তা মরম ওইদুনা সংসারগী অনিত্তা ওইবা মওংবু উখি ॥ ৩৬০-৩৬১ ॥

দৃষ্ট্বা নির্বেদমাপন্নো ব্যাসবাক্যপ্রণোদিতঃ।　ধর্ম্মরাজং সমাসাদ্য সন্ন্যাসং সমরোচয়ৎ ॥৩৬২॥

ইত্যেতন্মৌসলং পর্ব ষোড়শং পরিকীর্ত্তিতম্।　অধ্যায়াষ্টৌ সমাখ্যাতাঃ শ্লোকানাঞ্চ শতত্রয়ম্ ॥৩৬৩॥

শ্লোকানাং বিংশতিশ্চৈব সংখ্যাতাস্তত্ত্বদর্শিনা।　মহাপ্রস্থানিকং তস্মাদূর্দ্ধং সপ্তদশং স্মৃতম্ ॥৩৬৪॥

যত্র রাজ্যং পরিত্যজ্য পাণ্ডবাঃ পুরুষর্ষভাঃ।　দ্রৌপদ্যা সহিতা দেব্যা মহাপ্রস্থানমাস্থিতাঃ ॥৩৬৫॥

যত্র তেঽগ্নিং দদৃশিরে লৌহিত্যং প্রাপ্য সাগরম্।　যত্রাগ্নিনা চোদিতশ্চ পার্থস্তস্মৈ মহাত্মনে।

দদৌ সম্পূজ্য তদ্দিব্যং গাণ্ডীবং ধনুরুত্তমম্ ॥৩৬৬॥

যত্র ভ্রাতৄন্ নিপতিতান্ দ্রৌপদীঞ্চ যুধিষ্ঠিরঃ।　দৃষ্ট্বা হিত্বা জগামৈব সর্ব্বাননবলোকয়ন্ ॥৩৬৭॥

এতৎ সপ্তদশং পর্ব্ব মহাপ্রস্থানিকং স্মৃতম্।　অত্রাধ্যায়াস্ত্রয়ঃ প্রোক্তাঃ শ্লোকানাঞ্চ শতত্রয়ম্ ॥৩৬৮॥

বিংশতিশ্চ তথা শ্লোকাঃ সংখ্যাতাস্তত্ত্বদর্শিনা।　স্বর্গপর্ব্ব ততো জ্ঞেয়ং দিব্যং যত্তদমানুষম্ ॥৩৬৯॥ (যুগ্মকম্)

প্রাপ্তং দৈবরথং স্বর্গান্নেষ্টবান্ যত্র ধর্ম্মরাট্।　নারোহৎ স মহাপ্রাজ্ঞ আনৃশংস্যাচ্ছুনা বিনা ॥৩৭০॥

তামস্যাবিচলাং জ্ঞাত্বা স্থিতিং ধর্ম্মে মহাত্মনঃ।　স্বরূপং যত্র তত্ত্যক্ত্বা ধর্ম্মেণাসৌ সমন্বিতঃ ॥৩৭১॥

স্বর্গং প্রাপ্তঃ স চ তথা যাতনাং বিপুলাং ভৃশম্।　দেবদূতেন নরকং যত্র ব্যাজেন দর্শিতম্ ॥৩৭২॥

শুশ্রাব যত্র ধর্ম্মাত্মা ভ্রাতৄণাং করুণা গিরঃ।　নিদেশে বর্ত্তমানানাং দেশে তত্রৈব বর্ত্ততাম্ ॥৩৭৩॥

---

অসি পুম্নমক উদুনা অর্জ্জুনগী থমোযদা হৈনিংদবা পোকখি, ব্যাসগী পাউতাক মতুং ইন্না যুধিষ্ঠিরগী মনাক্তা লাক্কুনা সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌনিংবা মওং উৎথি ॥ ৩৬২ ॥ মহাভারতকী অসিগুম্বা তবাতকক শুবা মতাং অসিবু মৌসল পর্ব্ব হায়না কৌই মাসিদা অধ্যায় নিপাল, শ্লোক চহুম কুন য়াওরি। অসিগী মতুংদা মহা প্রস্থান কৌবা তরা তরেৎ শুবা পর্ব্ব লাক্লে ॥ ৩৬৩-৩৬৪ ॥ পর্ব্ব অসিদা নিপাগী মনুংদা অথোইবা ওইরবা পাণ্ডবশিংনা মরৈ-বাক-সিংহাসন থাদোক্কুনা দ্রৌপদীগা লোয়ননা মহা প্রস্থানগী যাত্রা তৌখি ॥৩৬৫॥ পাণ্ডবশিংনা লোহিত সাগরগী মপান্দা থুংখি অমদি অগ্নিদেবতাগা উনখি। গাণ্ডীব লীরুংবু অমুক পীরম্মু হায়রবদা অর্জ্জুননা লৈশি লৈথোনবগা লোইননা গাণ্ডীববু অগ্নিদেবদা অমুক হন্থিল্লমই ॥৩৬৬॥ মচিন-মনাওশিং অমদি দ্রৌপদীনা লমথাংদা তুদুনা লৈহৌবদুবু যুধিষ্ঠিরনা থোয়না যেংঙমদনা মাখোয়বু থাদোক্কুনা চৎখি ॥ ৩৬৭ ॥ মহাভারতকী তরাতরেৎ শুবা অসিগুম্বা মতাং অসিবু মহাপ্রস্থান হায়না কৌই। অসিদা অধ্যায় অহুম অমদি শ্লোক চামগা কুন্ হুমদোই যাওরি। অসিগী মতুংদা মীরমলেন্দগী ম্বাংমা লানথ্রবা লাইরমলেন্দা ওইবা স্বর্গগী মতাং ইরা পর্ব্ব অহুমু স্বর্গ পর্ব্ব হায়না খংনগনি ॥৩৬৮-৩৬৯॥ স্বর্গদগী দেবরথ অমা পাইথরকই অদুবু ভীমনচিংবা মনাওশিংবু হুংশিবদগী যুধিষ্ঠিরনা রথ অদুদা কাখৎলু হাযবা য়াখিদে, লোয়নরকপা হুই অদুসু য়াওদনা যুধিষ্ঠিরনা দেবরথদা কাখৎখিদ্রে ॥ ৩৭০ ॥ যুধিষ্ঠিরগী পুনশি চুপ্পা ধর্ম্মদা পূক্নিং চংবদু উবদা ধর্ম্মমক্না হুইগী মশক থাদোক্কুনা অমুক যুধিষ্ঠিরগা উনখি ॥৩৭১॥ স্বর্গ যৌরবা ফাওবদা যুধিষ্ঠিরনা সিংহাসননচিংবা নিংশিংলুবদা পুকনিংদা সুংঙাইতবা পোকখি। অদুগী মতুংদা দেবদূত লাক্কুনা যুধিষ্ঠিরদা নরক উহনখি ৩৭২ ভীমনচিংবা মচিন-মনাও পুম্নমকনা মকম অদুদা যমরাজগী শাসনগী মখা পোল্লা;

অনুদর্শিতশ্চ ধর্ম্মেণ দেবরাজেন পাণ্ডবঃ। আপ্লুত্যাকাশগঙ্গায়াং দেহং ত্যক্ত্বা স মানুষম্ ॥৩৭৪॥
স্বধর্ম্মনির্জ্জিতং স্থানং স্বর্গে প্রাপ্য স ধর্ম্মরাট্। মুমুদে পূজিতঃ সর্ব্বৈঃ সেন্দ্রৈঃ সুরগণৈঃ সহ ॥৩৭৫॥
কর্ণস্য নরকপ্রাপ্তিঃ প্রমোক্ষশ্চাত্র কীর্ত্ত্যতে। সমাগমশ্চ বীরাণাং স্বর্গলোকে মহাত্মনা ॥৩৭৬॥
কীর্ত্ত্যতে যত্র বিধিবৎ স্বর্গসংবাদ এব চ স্বানি স্থানানি চ প্রাপ্তা যত্র তে পুরুষর্ষভাঃ ॥৩৭৭॥
এতদষ্টাদশং পর্ব্ব প্রোক্তং ব্যাসেন ধীমতা। অধ্যায়াঃ পঞ্চ সংখ্যাতাঃ পর্ব্বণ্যস্মিন্ মহাত্মনা ॥৩৭৮॥
শ্লোকানাং দ্বে শতে চৈব প্রসংখ্যাতে তপোধনাঃ। নব শ্লোকাস্তথৈবান্যে সংখ্যাতাঃ পরমর্ষিণা ॥৩৭৯॥
অষ্টাদশৈবমেতানি পর্ব্বাণ্যুক্তান্যশেষতঃ। খিলেষু হরিবংশশ্চ ভবিষ্যশ্চ প্রকীর্ত্তিতম্ ॥৩৮০॥
অতঃ পরং বিষ্ণুপর্ব্ব মহৎপর্ব্বভুদাহৃতম্। জন্ম যত্র তু দেবস্য পদ্মনাভস্য মানুষম্ ॥৩৮১॥
বসুদেবকুলে জাতো নন্দগোপকুলে ধৃতঃ। যত্র বাল্যস্য কর্ম্মাণি রমণান্যদ্ভুতানি চ ॥৩৮২॥
যত্র কংসবধং কৃত্বা রঙ্গমধ্যে চকর্ষ হ। অনন্তৈঃ সংশ্রয়ৈশ্চাপি জরাসন্ধবধেন হ ॥৩৮৩॥
বিক্রমাদ্রুক্মিণীং দেবীমাহৃত্য পরবীরহা। পরীক্ষ্য চ নিবাসার্থং দ্বারকাং বিন্যবেশয়ৎ ॥৩৮৪॥

---

লৈরম্লে অমদি মাখোযগী অকপ অবাওবা খোঙ্গেলবু যুধিষ্ঠিরনা তাখিরমই ।৩৭৩ ॥ অদুগী মতুংদা যুধিষ্ঠিরনা আকাশ গঙ্গাদা হাযবদি মন্দাকিনীদা স্নান তৌরগা তাইবং মীওইবগী হকচাং থাদোকখি, অতুগী মতুংদা ধর্ম্মগা ইন্দ্রগা অনিনা যুধিষ্ঠিরবু মনাওশিংগা উনহনখি ॥ ৩৭৪॥ অদুগী মতুংদা যুধিষ্ঠিরনা স্বর্গলোকত মশানা তৌজবা পুণ্য কর্ম্মগী মহৈনা তাঙ্গবা মফমবু ফংখি। দেবতা পুম্নমক্না তরাম তবাম লৌনা তৌখি, ইন্দ্রনচিংবা দেবতা পুম্নমক্না লৈমিন্নদুনা থোইদোক্না শুংঙাযবা ফংখি ॥ ৩৭৫॥ হাযবিবা স্বর্গ পর্ব্ব অসিদা কর্ণনা নরক তাখিবা অমদি মাদুদগী অরানবা ফংখিবগী মতাং ইবি, অদুগা স্বর্গ লোকতা মহাত্মা ওইরবা যুধিষ্ঠিরগা অকনবা খিবিক্না উনবগী মতাং ইরি।৩৭৬॥ স্বর্গ পর্ব্ব অসিদা স্বর্গগী ৱা পুম্নমক বিধি কায়দনা ইরি, অদগা ভীষ্মচিংবা অথোইবা খিবিক্না মানা মানা তৌবা কর্ম্মগী মতিকচাবা লৈফম ফংখি অসি পুম্নমক মথংশিংনা ইরি।৩৭৭॥ পুকচেল চাউরবা বেদব্যাসনা তবানিপাল শুবা পর্ব্ব ইরিব অসিদা অধ্যায মঙা শ্লোক ৩২৩ যাওবি হাযনা মহর্ষি ব্যাসনা চুম্না মশিং থিখি।৩৭৮—৩৭৯॥ হে তপস্বী পুম্নমক! ঐনা মযামগী মফমদা পর্ব্ব তবানিপাল অসি সম্পংনা লিববনি, মাসিগী মথাদা "খিল" কৌবা শরুক অমতং লৈরি, "খিল" কৌবা মতাং অসি হরিবংশ, ভবিষ্য, অমদি পৌষ্কব অসুম হাযনা অমুক শরুক অহুম থোক্না থায়রি ॥৩৮০॥ হাযবিবা "খিল" অসিগী বিষ্ণুপর্ব্ব অমদি মহৎপর্ব্ব অসুম হাযবা মমিং অনি লৈ, মাসিদা নারাযণ ওইবা বিষ্ণুনা মীওইবগী মশক লৌখিবগী মতাং শন্দোক্না ইরি।৩৮১॥ (নারাযণনা ইহান হানবদা বসুদেবগী য়ুমদা পোকখি, মতুংদা নন্দ গোপগী য়ুমদা য়োক্কনা চাউখি, অদুগী মতুংদা অঙাং ওইরিঙৈগী অঙকপা থবক অমদি পাখং ফারকপগী লীলা শন্দোক্না ইরি,) ৩৮২॥ কৃষ্ণনা কংসবু হাৎতুনা মনুংদা চিংহুনা পুরকই. অমসুং মখল মখা অয়াম্বা থৌদোক্না তিন্নবা জরাসন্ধনিংথৌবু হাৎখিবা, অসিনচিংবা লীলা পুম্নমক ফোংদোকখি।৩৮৩ য়েক্কপুম্বা মাংহনবা শ্রীকৃষ্ণনা পাম্বোমগী পাঙ্গম্না রুক্মিণী দেবীবু হুনা পুরবা মতুংদা য়াম্না নৈনহনা লৈননবগী

কালিঙ্গং দন্তবক্রং রণে বিক্রম্য জগ্নিবান্ । যাজ্ঞসেন্যাঞ্চ বৈ বৃকঃ সত্যভামামথোদ্বহৎ ।।৩৮৫।।

জঘ্নে যশ্চ মহাবাহুর্ধেনুকং রণমূর্দ্ধনি । নরকাসুরঞ্চ কালীয়ং হয়গ্রীবঞ্চ দানবম্ ।।৩৮৬।।

কেশিনং কালযবনং কালনেমিনমেব চ । দোষ্ণাং সহস্রং চিচ্ছেদ বাণস্যাদ্ভুতকর্ম্মণঃ ।

নপ্তারং ভার্য্যয়া সার্দ্ধং মোচয়দ্যত্র সংযুগে ।।৩৮৭।।

ভারতীয়াঃ কথা যত্র বৃষ্ণিবংশশ্চ কীর্ত্তিতঃ । ভবিষ্যং হরিবংশস্য খিলাখ্যমিতি কথ্যতে ।।৩৮৯।।

দশ শ্লোকসহস্রাণি বিংশচ্ছ্লোকশতানি চ । খিলেষু হরিবংশে চ সংখ্যাতানি মহর্ষিণা ।।৩৯০।।

এতৎ সর্ব্বং সমাখ্যাতং ভারতং পর্ব্বসংগ্রহাৎ । অষ্টাদশ সমাজগ্মুরক্ষৌহিণ্যো যুযুৎসয়া ।

তন্মহাদারুণং যুদ্ধমহান্যষ্টাদশাভবৎ ।। ৩৯১ ।।

যো বিদ্যাচ্চতুরো বেদান্ সাঙ্গোপনিষদো দ্বিজঃ । ন চাখ্যানমিদং বিদ্যান্নৈব স স্যাদ্বিচক্ষণঃ ।।৩৯২।।

অর্থশাস্ত্রমিদং প্রোক্তং ধর্ম্মশাস্ত্রমিদং মহৎ । কামশাস্ত্রমিদং প্রোক্তং ব্যাসেনামিতবুদ্ধিনা ।। ৩৯৩ ।।

শ্রুত্বা ত্বিদমুপাখ্যানং শ্রাব্যমন্যন্ন রোচতে । পুংস্কোকিলরুতং শ্রুত্বা রূক্ষা ধ্বাঙ্ক্ষস্য বাগিব ।।৩৯৪।।

ইতিহাসাত্তমাদস্মাজ্জায়ন্তে কবিবুদ্ধয়ঃ । পঞ্চভ্য ইব ভূতেভ্যো লোকসংবিধয়স্ত্রয়ঃ ।।৩৯৫।।

অস্যাখ্যানস্য বিষয়ে পুরাণং বর্ত্ততে দ্বিজাঃ । অন্তরিক্ষস্য বিষয়ে প্রজা ইব চতুর্বিধাঃ ।।৩৯৬।।

---

দমক্তা দ্বারকা নগরীবু শেমখি ।।৩৮৪।। অদুগী মতুংদা মশাগী পাঙ্গল উত্তুনা কলিঙ্গগী নিংথৌ অমদি দন্তবক্রবু হাত্তুনা সত্যভামাবু লুহোংখি ।।৩৮৫।।

অদুগী মতুংদা লানফমদা ধেনুক, নরকচিংবা অসুর খিবিক অমদি কালীয়, হয়গ্রীবনচিংবা হাৎখি । ৩৮৬।। মতুংদা কেশী, কালযবন, কালনেমিবু হাৎলব তুংদা অভকপা থবক্তা মহাক্কী ওইবা বান নিংথৌগী পাম্বোম লিশিং অমবু ককথৎখি, অদুগী মতুংদা উষাগা লোইননা অনিরুদ্ধবু থাদোকখি ॥ ৩৮৭ ॥ মাসিদা ভবতবংশ অমসুং যদুবংশ অনিগী ৱারী যাওবি, হরিবংশ অসিগী ভবিষ্যৎ খণ্ডবু 'খিল" হায়না শংনৈ ।।৩৮৮।। মতাং অসিদা বারাহনরসিংহ, বামন অমদি পুষ্করগী ৱারী য়াওরী হে ব্রাহ্মণ পুম্নমক ! অসিদা অধ্যায় লিশিং অমা যাওরিবনি ।৩৮৯।। মহর্ষি বেদব্যাসনা "খিল" কৌবা পর্ব্বগী হরিবংশগী মতাং অসিদা শ্লোক লিশিং তরানিথোই ইশ্রবনি ।৩৯০।। পর্ব্ব মথং মথং হায়বগী মওংদা মহাভারত পুম্নমক সম্পৎনা হায়ববনি অক্ষৌহিণী তবানিপালনা লাল শোরুগে হায়দুনা কুরু-ক্ষেত্রদা তিনখি। মুমিৎ তরানিপালনি চুপ্পা শোরুখি ।৩৯১।। অদুগুম্বা ব্রাহ্মণনা শিক্ষাগা লোয়ননা বেদগী অঙ্গ তরুক অমদি মাগী মাগী উপনিষৎকা লোয়ননা বেদ মরি হৈদুনসু মহাভারত পুরাণবু হৈত্রবদি মহাক অদু থাঙ্গৈশেংবা বিদ্বাননি হায়ব য়াদে ।।৩৯২।। খ্বাইগা মানদ্রবা বুদ্ধিনা মহাক্কী ওইবা বেদব্যাসনা মহাভারত অসিবু অর্থ শাস্ত্রগী মওংদা, পাক চাউববা ধর্ম্ম শাস্ত্রগী মওংদা অমদি কাম শাস্ত্রগী মওং ওইদুনসু লেংখিবনি ।।৩৯৩।। কোকিল লাবগী খোঞ্জেল তারুরগা কাক্কী য়াক্লরা খোঞ্জেল কনাসু তানিংদে-বগুম মহাভারতকী ৱারী অসিবু তারুরগা অতোপ্পা ৱারী অমা কনানসু তানিংদে ।৩৯৪।। মৈ ঈশিং-নচিংবা পঞ্চভূততগী মরোল অহুম শেমখিবগুম খ্বাইদগী হেল্লবা ইতিহাস অসিদগী কবিত্ব শক্তিগী মচাক ওইবা বুদ্ধিমথৈ ফংবা ঙমই ।৩৯৫।। হে ব্রাহ্মণ পুম্নমক ! নাউয়োমদগী পোকপা, মরুমদগী

ক্রিয়াগুণানাং সর্ব্বেষামিদমাখ্যানমাশ্রয়ঃ। ইন্দ্রিয়াণাং সমস্তানাং চিত্রা ইব মনঃক্রিয়াঃ ॥ ৩৯৭ ॥

অনাশ্রিত্যৈতদাখ্যানং কথা ভুবি ন বিদ্যতে। আহারমনপাশ্রিত্য শরীরস্যেব ধারণম্ ॥ ৩৯৮ ॥

ইদং কবিবরৈঃ সর্ব্বৈরাখ্যানমুপজীব্যতে। উদয়প্রেপ্সুভির্ভৃত্যৈরভিজাত ইবেশ্বরঃ ॥৩৯৯॥

"ধর্ম্মে চার্থে চ কামে চ মোক্ষে চ ভরতর্ষভ। যদি হাস্তি তদন্যত্র যন্নেহাস্তি নকুত্রচিৎ ॥"

অস্য কাব্যস্য কবয়ো ন সমর্থা বিশেষণে। সাধোরিব গৃহস্থস্য শেষাস্ত্রয় ইবাশ্রমাঃ ॥৪০০॥

ধর্ম্মে মতির্ভবতু বঃ সততোত্থিতানাং স হ্যেক এব পরলোকগতস্য বন্ধুঃ।

অর্থাঃ স্ত্রিয়শ্চ নিপুণৈরপি সেব্যমানা নৈবাপ্তভাবমুপযান্তি ন চ স্থিরত্বম ॥৪০১॥

দ্বৈপায়নোষ্ঠপুটনিঃসৃতমপ্রমেয়ং পুণ্যং পবিত্রমথ পাপহরং শিবঞ্চ।

যো ভারতং সমধিগচ্ছতি বাচ্যমানং কিং তস্য পুষ্করজলৈরভিষেচনেন ॥ ৪০২ ॥

যদহ্না কুরুতে পাপং ব্রাহ্মণস্ত্বিন্দ্রিয়ৈশ্চরন্। মহাভারতমাখ্যায় সন্ধ্যাং মুচ্যতি পশ্চিমাম্ ॥ ৪০৩ ॥

যদ্রাত্রৌ কুরুতে পাপং কর্ম্মণা মনসা গিরা। মহাভারতমাখ্যায় পূর্ব্বাং সন্ধ্যাং প্রমুচ্যতে ॥৪০৪॥

---

পোকপা, ফত্তহৌদি হুমাংনচিংবকী পোকপা অমদি লৈপাক্তগী হৌবা অসিনচিংবা থন্বাই পানবা মখল মরিনা আকাশগী মঙ্গংচঙ্গা লৈবা অহুগুম্বা পুরাণ পুন্নমকনা মহাভারতকী মঙুং চল্লিবনি ॥৩৯৬॥ মখল মখা অয়াম্বা পুক্লিংগী মওং পুন্নমকনা ইন্দ্রিয় খিবিক্কী লৈননবগী মরম ওইবা অহুগুম মহাভারতকী ৱারিনা যজ্ঞ দান অমদি শান্তিনচিংবা গুণগী মবম ওই ॥৩৯৭॥ চিঙ্গাক য়াওদনা হিংদুনা লৈব য়াদবা অহুগুম্বা ভারতকী ৱারীশিংবু পাম্বৈ ওইনা লৌব নত্তনা জগৎ অসিদা করিগুম্বা ৱারি অমতা লৈব য়াদে অমদি লেংবা য়াদে ॥৩৯৮॥ চাউখৎপা পাম্বা মীনাইশিংনা অশিংবা মপুগী সেবা তৌই, মতৌ অহুগুম কবিম শক্তিগী চাউখৎপা পাম্বা কবিশিংনা মহাভারত পুরাণগী সেবা তৌই ॥৩৯৯॥ ব্রহ্মচারী, বানপ্রস্থ, অমদি ভিক্ষু হায়রিবা আশ্রম অহুম অসিনা অথোইবা গৃহস্থাশ্রমবু লাম্ন্থোক্তুনা চৎখিবা ভমদবা অহুগুম্বা কবি কনানম্মু রচনা অমতং তৌরকপদা মহাভারতপু লাম্ন্থোক্তুনা চৎখিবা ভমদে ॥৪০০॥ হে মুনি পুন্নমক! ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, বর্গ অহুম অসিগী সাধনগীদমক মতম্নলৈবাখিবিক্ত কম্না হোৎনরি অহুম ওইনমক মুনিশিং পুন্নমক্কী ৱাখল্লা ধর্ম্মতদা লৈবা ওইসনু। মরমদি ধর্ম্মতনা পরলোক য়ৌত্রবা মীগী মফমদা লেংত্রবা মরূপ ওই। অশিংবশিংমকনা তাম্নহুনম্ম অর্থনা অমদি স্ত্রীশিংনা করিগুম্ব মতমদ লেংত্রবা অমদি থাজনফম ওইবা থংবা য়াদে ॥৪০১॥ বেদব্যাসগী চিনবান্দগী থোকখিবা, চাংদমনিংঙাই লৈত্রবা, পুণ্য চেন্নবা, শেংলবা, পাপ পুমনমক মাংনবগী মশক ওইরবা অমদি মঙ্গল পীননবগী মশক ওইরবা মহাভারতপু পাঠ তৌরবদি নত্রগা তারবদি মীছগী মফমদা পুষ্করতীর্থদা স্নান তৌরম্বগী থোইদোকপা ফান্নবা লৈত্রে। ॥৪০২॥ ব্রাহ্মণশিংনা ইন্দ্রিয়শিংনা মরম ওইহুনা অমুক নুংথিলগী শরুক্তা তৌরুবা পাপ কর্ম্ম পুমনমক মহাভারতকী মঙুংদা করিগুম্বা শকক অমতং পাঠ তৌরবদি সন্ধ্যাগী মতম হেক য়ৌবদা পাপশিং অহুম্বগী লাম্ন্থোকই ॥৪০৩॥ অহিংদা হকচাংনা, পুক্নিংনা অমদি ৱাহৈনা তৌরুবা পাপশিংমু অমুক

যো গোশতং কনকশৃঙ্গময়ং দদাতি বিপ্রায় বেদবিদুষে চ বহুশ্রুতায়।
পুণ্যাঞ্চ ভারতকথাং শৃণুয়াচ্চ নিত্যং তুল্যং ফলং ভবতি তস্য চ তস্য চৈব ॥৪০৫॥

আখ্যানং তদিদমনুত্তমং মহার্থং বিজ্ঞেয়ং মহদিহ পর্ব্বসংগ্রহেণ।
শ্রুত্বাদৌ ভবতি নৃণাং সুখাবগাহং বিস্তীর্ণং লবণজলং যথা প্লবেন ॥৪০৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
পর্ব্বসংগ্রহো নাম দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ ॥০॥

—:*:—

---

অডনবদা হৌগত্তুনা মহাভারতকী করিগুম্বা শকক অমতং প্রাঠ তৌরবদি খুদক্তা কোকই ॥৪০৪॥ মচী সনা য়োম্বা মনবী চাম বেদ হৈরবা অমদি অযাম্বা শাস্ত্র খংলবা ব্রাহ্মণদা দান তৌবা মী অদুগা অমদি মমিৎ খুদিং শেংলবা মহাভারতকী. ৱাবিবু চাংনাইনা তারিবা অদুগা, অনি অসিনা ফংবা মহৈ অদু চপ মান্নে। ৪০৫॥ পোংদা তোংলগা পাক চাউবা সমুদ্রবু লাইনা লান্থোকপা ভন্বা অদুগ,মনা পর্ব্ব-সংগ্রহ কৌবা মতাং অসিবু অহানবদা তারবদি খ.ইদগী নিংথিরবা মমল য়াম্লবা পাক চাউরবা ভারতকী ৱারি পুমনমক লায়না খংবা ঙমই।৪০৬॥

মাসিদা শ্লোক লিশিং চামনা লেংঙবা-শ্রীব্যাসগী শ্রীমহাভারতকী-সংহিতাদা. আদি-পর্ব্বদা পর্ব্ব সংগ্রহ কৌবা অনিশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

—:(*):—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব — পৌষ্যপর্ব

### ( অহুমশুবা অধ্যায়ঃ )

—০(*'০—

সৌতিরুবাচ ।	জনমেজয়ঃ পরীক্ষিতঃ সহ ভ্রাতৃভিঃ কুরুক্ষেত্রে দীর্ঘসত্রমুপাস্তে ।
তস্য ভ্রাতরস্ত্রয়ঃ, শ্রুতসেন উগ্রসেনো ভীমসেন ইতি ।
তেষু তৎ সত্রমুপাসীনেষ্বাগচ্ছৎ সারমেয়ঃ ।।১।।
স জনমেজয়স্য ভ্রাতৃভিরভিহতো রোরূয়মাণো মাতুঃসমীপমুপাগচ্ছৎ ।।২।।
তং মাতা রোরূয়মাণমুবাচ, কিং রোদিষি ? কেনাস্যভিহতঃ ? ইতি ।।৩।।
স এবমুক্তো মাতরং প্রত্যুবাচ, জনমেজয়স্য ভ্রাতৃভিরভিহতোঽস্মি ইতি ।।৪।।
তং মাতা প্রত্যুবাচ, ব্যক্তং ত্বয়া তত্রাপরাদ্ধম্, যেনাস্যভিহতঃ, ইতি ।।৫।।
স তাং পুনরুবাচ, নাপারাধ্যামি কিঞ্চিৎ, নাবেক্ষে হবীংষি নাবলিহে, ইতি ।।৬।।
তচ্ছ্রুত্বা তস্য মাতা সরমা পুত্রদুঃখার্ত্তা তৎ সত্রমুপাগচ্ছৎ , যত্র স জনমেজয় সহ ভ্রাতৃভির্দীর্ঘসত্রমুপাস্তে ।।৭।।
স তয়া ক্রুদ্ধয়া তত্রোক্তঃ অয়ং মে পুত্রো ন কিঞ্চিদপরাধ্যতি নাবেক্ষতে হবীংষি নাবলেঢি, কিমর্থমভিহতঃ ? ইতি ।৮।

---

সৌতিনা হায়খি— পরীক্ষিৎকী মচা জনমেজযনা মচিনমনাও খিবিক লোয়ননা কুরুক্ষেত্রদা মতম কুইন তৌবা যজ্ঞ অমা লিংখৎখি । মহাক্কী শ্রুতসেন, উগ্রসেন, অমদি ভীমসেন কৌবা মনাও অহুম লৈবমই। মখোয়শিং অসিনা যজ্ঞ অসি লিংখৎলকপদা নোংমা হুই অমা মফম অদুদা লাক্লমই ॥১॥ জনমেজয়গী মনাওশিংনা হুই অদুবু ফুবা মতমদা হুই অদুনা যামনা নারদুনা কপল লাওরু লাওদুনা মমাগী (মপীগী) মনাক্ত চংখি ॥২॥ মমানা হংঙি— নং কবিগী কপলি ? কনানা নংবু ফুবগে হায়য়ু ॥৩॥ হুই অদুনা মমাদা হাযখি—জনমেজয়গী মচিননমাওশিংনা ঐবু ফুই ॥৪॥ মমানা হায়-নংনা মফম অদুদা করিগুম্বা অরানবা অম তৌরুরিনি অদুনা মখোয়না নংবু ফুরকপনি ॥৫॥ হুইনা মমাদা হায়খি— ঐ মখোয়দা করিগুম্বা অরানবা অমতা তৌরুদে, যজ্ঞগী করিগুম্বা হবিনচিংবা অমত্তসু য়েঙ্দে অমদি নম্মুদে, লোকউদে ॥৬॥ মাদু তারবদা মমা সরমানা, মচানা ৱাবত্থদা মুংঙাইত্রদুনা জনমেজয়না মচিনমনাওশিংগা লোয়ননা যজ্ঞ তৌরিবা মফম অদু তাম্না চংখি ॥৭॥ হুইগী মমা সরমানা জনমেজয়দা শাওনা হায়রকই— ঐগী ইচাসিনা নখোয়গী মফমদা অরানবা অমত্তসু তৌদনা করিগী ফুই ? নখোইগী যজ্ঞগী হবিনচিংবা পোৎচৈ অমতা য়েঙ্বসু লৈত্তে, নম্মুবা লেকউবসু তৌখিদে ॥৮॥

ন কিঞ্চিদুক্তবন্তস্তে। সা তানুবাচ। যস্মাদয়মভিহতোঽনপকারী, তস্মাদদৃষ্টং ত্বাং ভয়মাগমিষ্যতি, ইতি ॥৯॥

জনমেজয় এবমুক্তো দেবশুন্যা সরময়া ভৃশং সম্ভ্রান্তো বিষণ্ণশ্চাসীৎ ॥১০॥

স তস্মিন্ সত্রে সমাপ্তে হাস্তিনপুরং প্রত্যেত্য পুরোহিতমনুরূপমন্বিচ্ছমানঃ পরং যত্নমকরোৎ, যো মে পাপকৃত্যাং শময়েদিতি ॥১১॥

স কদাচিন্মৃগয়াং গতঃ পারীক্ষিতো জনমেজয়ঃ কস্মিংশ্চিৎ স্ববিষয়ে আশ্রমমপশ্যৎ ॥১২॥

তত্র কশ্চিদৃষিরাসাঞ্চক্রে শ্রুতশ্রবা নাম। তস্য তপস্যভিরতঃ পুত্র আস্তে সোমশ্রবা নাম ॥১৩॥

তস্য তং পুত্রমভিগম্য জনমেজয়ঃ পারীক্ষিতঃ পৌরোহিত্যায় বব্রে ॥১৪॥

স নমস্কৃত্য তমৃষিমুবাচ— ভগবন্! অয়ং তব পুত্রো মম পুরোহিতোঽস্ত্বিতি ॥১৫॥

স এবমুক্তঃ প্রত্যুবাচ জনমেজয়ম্। ভো জনমেজয়! পুত্রোঽয়ং মম সর্প্যাং জাতো মহাতপস্বী স্বাধ্যায়সম্পন্নো মত্তপোবীর্য্যসম্ভৃতো মচ্ছুক্রং পীতবত্যাস্তস্যাঃ কুক্ষৌ জাতঃ ॥১৬॥

সমর্থোঽয়ং ভবতঃ সর্ব্বাঃ পাপকৃত্যাঃ শময়িতুম্, অন্তরেণ মহাদেবকৃত্যাম্ ॥১৭॥

অস্য ত্বেকমুপাংশুব্রতম্, যদেনং কশ্চিদ্ব্রাহ্মণঃ কঞ্চিদর্থং যাচেত্তং তস্মৈ দদ্যাদয়ম্, যদ্যেতদুৎসহসে, ততো নয়স্বৈনমিতি ॥১৮॥

তেনৈবমুক্তো জনমেজয়স্তং প্রত্যুবাচ—"ভগবন্! তত্তথা ভবিষ্যতি" ইতি ॥১৯॥

---

মখোয়না হুই অতুদা কবিমতা খুমখিদে। হুই মপীতুনা হায়খ:— নখোয়গী করিগুম্ব মাঙ্ননবা অমতা তৌদ্রবা ইচাবু ফুরবনিনা, ইথং থংহৌদনা করিগুম্বা অব্রাবা অকিবা অম নখোয়গী নথক্তা থুনমক তাবা তারে ॥৯॥ লাইগী হুই অদুগী ব্রা তাবদা জনমেজয় অসি থোইদোক্না থমোইদা ব্রাখি অমদি মায়থোং লাংশিনখি ॥১০॥ যজ্ঞ লোইববা তুংদা, জনমেজয়না হস্তিনাপুরদা লাক্লগা খল্লকই:— "হুইগী শাপ অদুদগী ঐবু কোকহনবা ঙম্বা পুরোহিত অমতং কদায়দা ফংগবা?" অসুম হায়না খল্লতুনা যাম্না চেকশিন্না পুরোহিত অমতং থিবা হৌবকলে ॥১১॥ পরীক্ষিৎকী মচা জনমেজয়না নোংমা মৃগয়া চৎপদা লৈপাক অদুগী করিগুম্বা লম অম অমগী অচীকপদা মুনিগী আশ্রম অম উবে ॥১২॥ আশ্রম অসিদা শ্রুতশ্রবা কৌবা ঋষি অম লৈরম্মি। তপস্যাদা পুক্নিং চংলবা সোমশ্রবা কৌবা মচা অমম্ব লৈরম্মি ॥১৩॥ পরীক্ষিৎকী মচা জনমেজয়না ঋষিগী মচা সোমশ্রবাদা পুরোহিত ওইবিয়ু হায়না হায়জনরে ॥১৪॥ জনমেজয়না ঋষি অদুদা খুরমহনা হায়জরকই:— "ভগবন্! নচা ঋষি সোমশ্রবাবু ঐগী পুরোহিত খর ওইহনবিয়ু" ॥১৫॥ নিংথৌনা অসুম হায়জরবদা ঋষিনা হায়রকই:— "মহারাজ! নোংমা লিল অমোম অমনা ঐগী শুক্রবু থকউবদগী ইচা নিপা অসি লিলগী গর্ভদগী ঐনা তপস্যাগী শক্তিনা পোকপনি। তপস্যা কল্লবা অমদি বেদ অধ্যয়ন তৌবদা পুক্নিং চংলবা ইচানি ॥১৬॥ মরম অদুনা মহাদেবগী শাপতদি নত্তনা অভিশাপ অতৈদগীদি নংবু মানা শোয়দনা কোকহনবা ঙমগনি ॥১৭॥ অসুমদি ওইরবসা মহাক্কী কুপ্পবা নিয়ম অমা লৈ। কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ অমনা মতোন্দা করিগুম্বা অমতং নিরম্বদি মাদু শোয়দনা মানা মতোন্দা পী। মাদু নংনা ঙমগদবা লৈরবদি মাবু পুথো ॥১৮॥ ঋষিনা অসুম হায়রবদা জনমেজয়না হায়খি:— "ভগবন্! মাদুমক ঐনা শোয়দনা পাংথোকচগনি" ॥১৯॥

স তং পুরোহিতমুপাদায়োপাবৃত্তো ভ্রাতৄনুবাচ— মযাহয়ং বৃত উপাধ্যায়ঃ, যদয়ং ব্রূয়াৎ, তৎ কার্য্যমবিচারয়দ্ভিরিতি ।।২০।।

তেনৈবমুক্তা ভ্রাতরস্তস্য তথা চক্রুঃ। স তথা ভ্রাতৄন্ সন্দিশ্য তক্ষশিলাং প্রত্যভিপ্রতস্থে ।।২১।।

তঞ্চ দেশং বশে স্থাপয়ামাস ।।২২।।

এতস্মিন্নন্তরে কশ্চিদৃষির্ধৌম্যো নামা পাদঃ, তস্য শিষ্যাস্ত্রয়ো বভূবুঃ, উপমন্যুরারুণির্বেদশ্চেতি ।।২৩।।

স একং শিষ্যমারুণিং পাঞ্চাল্যং প্রেষয়ামাস, গচ্ছ কেদারখণ্ডং বধান' ইতি ।।২৪।।

স উপাধ্যায়েন সন্দিষ্ট আরুণিঃ পাঞ্চাল্যস্তত্র গত্বা তৎ কেদারখণ্ডং বদ্ধুং নাশকৎ স ক্লিশ্যমানোঽপশ্যদুপায়ম্, ভবত্বেবং করিষ্যামীতি ।।২৫।

স তত্র সংবিবেশ কেদারখণ্ডে। শয়ানে চ তথা তস্মিংস্তদুদকং তস্থৌ ।২৬।।

ততঃ কদাচিদুপাধ্যায় আপোদো ধৌম্যঃ শিষ্যানপৃচ্ছৎ, ক্ব আরুণিঃ পাঞ্চাল্যো গত ইতি ॥ ২৭ ॥

তৌ তং প্রত্যূচতুঃ— ভগবন্! ত্বয়ৈব প্রেষিতো গচ্ছ কেদারখণ্ডং বধানেতি। স এবমুক্তস্তৌ শিষ্যৌ প্রত্যুবাচ তস্মাত্তত্র সর্ব্বে গচ্ছামো যত্র স গত ইতি ॥ ২৮ ॥

স তত্র গত্বা তস্যাহ্বানায় শব্দং চকার। ভো আরুণে! পাঞ্চাল্য! ক্বাসি বৎসৈহীতি ॥ ২৯ ॥

স তচ্ছ্রুত্বা আরুণিরুপাধ্যায়বাক্যং তস্মাৎ কেদারখণ্ডাৎ সহসোত্থায় তমুপাধ্যায়মুপতস্থে ॥ ৩০ ॥

---

জনমেজয়না ঋষি মচা অহবু পুহনা মবৈবাক্তা হনখি অমসু মনাওশিংদা হায়খিঃ— "ঋষি মচা অসি ঐনা পুরোহিত ওইবিযু হায়রুনা হায়জদুনা পুবকলিবনি। মানা হায়বা তাকপা মতুংইন্না নখোয়না থবকপুম্বা তৌগদবনি ।।২০।।

জনমেজয়না অসুম হায়রবদা মনাওশিংনা মাহমক তৌখি। জনমেজয়না মনাওশিংতদা থবক পুমনমক অসি শিন্নবনলগা তাক্ষশিলা জয় তৌগে হায়বগীদমক যাত্রা তৌখি ।।২১।। অদুগা লালদা জয় ওইদুনা লমদম অদু মাগী মখা পোলহনখি ।।২২।। মতম অসিদা "আপোদ ধৌম্য" হায়না খংনখ্রবা ঋষি অম লৈরম্মি। মাগী উপমন্যু, আরুণি অমদি বেদ কৌবা শিষ্য অহুম লৈরম্মি ।।২৩।। নোংমা পাঞ্চাল দেশদা লৈবা আরুণি হায়রিবা শিষ্য অসিদা ধৌম্যনা হায়খিঃ— "চৎলু, আরুণি! ইশিংনা নমখায়রক্লবা কায়রবা পল অদু থিংঙ্চো" অসুম হায়রুনা আরুণি কৌবা শিষ্যবু থাখ্রে ।।২৪।। গুরুগী যাথং মতুংইন্না আরুণিনা মফম অদু তান্না চৎতুনা নীংখায়রিবা পল অদু থিংগে হোৎনখি, অদুবু থিংবা ঙমখিদ্রে। গুরুগী যাথং ঙাকপা ঙম্মরোই হায়বা উবদা যাম্না ৱারে, মপুক্লিংদা উপায় য়ামনা খল্লক্রে। মচিন্দা হায়দোবকই "অদু মঙাইরে, অসুম ক্রেক্ক তৌরগে" ।।২৫।। অসুম হায়রুনা নীংখায়বিবা মফম অদুদা হিপথকবে। আরুণিনা হিপথরুনা লৈকররবদা অকায়বা মফম অদু যেনশিনখরে। ইসিং যুদ্রে ।।২৬।। অদুদগী মতম্‌ কয়াবদা ধৌম্যনা শিষ্য অনিমদা হংলকই:— "পাঞ্চালগী আরুণি হায়বা ঐগী শিষ্যদু কদায় চৎখ্রে?" ।।২৭।। শিষ্য অনিদুনা খুমলকই "নীংখায়বা পল থিংঙ্চো হায়না গুরুদেবনা থাদিখিব্রবনি।।" ধৌম্যনা হায়— "অদুদি চৎলু, ঐখোয় মাবু থিরুসি কুম্মনখ্রে" ।।২৮।। আরুণিনা লৈরিবা মফম অদু তান্না চত্তুনা গুরুনা অসুম হায়না কৌখিঃ— "আরুণি!

প্রোবাচ চৈনম্, অয়মস্মাত্র কেদারখণ্ডে নিঃসরমাণমুদকমবারণীয়ং সংরোদ্ধুং সংবিষ্টো ভগবচ্ছব্দং শ্রুত্বৈব সহসা বিদার্য্য কেদারখণ্ডং ভবন্তমুপস্থিতঃ ॥ ৩১ ॥

তদভিবাদয়ে ভগবন্তম্, আজ্ঞাপয়তু ভবান্, কমর্থং করবাণি ইতি ॥ ৩২ ॥

স এবমুক্ত উপাধ্যায়ঃ প্রত্যুবাচ, যস্মাত্ত্বান্ কেদারখণ্ডং বিদার্য্য উত্থিতস্তস্মাদুদ্দালক এব নাম্না ভবান্ ভবিষ্যতী-ত্যুপাধ্যায়েনানুগৃহীতঃ ॥ ৩৩ ॥

যস্মাচ্চ ত্বয়া মদ্বচনমনুষ্ঠিতং তস্মাৎ শ্রেয়োঽবাপ্স্যসি, সর্ব্ব এব তে বেদাঃ প্রতিভাস্যন্তি, সর্ব্বাণি চ ধর্ম্মশাস্ত্রাণি ইতি ॥ ৩৪ ॥

স এবমুক্ত উপাধ্যায়েনেষ্টং দেশং জগাম ॥ ৩৫ ॥

অথাপরঃ শিষ্যস্তস্যৈবাপোদধৌম্যস্য উপমন্যুর্নাম ॥ ৩৬ ॥

তঞ্চোপাধ্যায়ঃ প্রেষয়ামাস— বৎস! উপমন্যো! গা রক্ষস্ব ইতি ॥ ৩৭ ॥

স উপাধ্যায়বচনাদরক্ষদ্গাঃ। স চাহনি গা রক্ষিত্বা দিবসক্ষয়ে গুরুগৃহমাগম্যোপাধ্যায়স্যাগ্রতঃ স্থিত্বা নমশ্চক্রে ॥৩৮॥

তমুপাধ্যায়ঃ পীবানমপশ্যৎ, উবাচ চৈনম্—বৎস! উপমন্যো! কেন বৃত্তিং কল্পয়সি? পীবানসি দৃঢমিতি ॥ ৩৯ ॥

স উপাধ্যায়ং প্রত্যুবাচ—ভোঃ! ভৈক্ষ্যেণ বৃত্তিং কল্পয়ামীতি। তমুপাধ্যায়ঃ প্রত্যুবাচ ॥ ৪০ ॥

---

আরুণি! নংরু কদায়ব্রাইদা লৈবগে। লাও ইবুঙো! লাকলো! ॥২৯॥ ওঝাগী মখোল তাবদা আরু-ণিনা পল অমদা ভাইনা হিপলম্বদগী হৌগৎতুনা থুনা যাংনা গুরুগী নাক্তা যৌরকলে ॥৩০॥

আরুণিনা গুরুদেবদা হায়ঃ— নীংখায়ববা লৌবী অদুদগী চেস্থবকপা ঈশিং অদু থিংগে হায়দুনা পল থিংদুনা হোৎনবদা থিংবা ভমদতুনা অহোবা মফম অদুদা ঐনা হিপ্লুনা লৈবদগীদি ইশিং যুরকত্রে অদুম তৌগ্নিহৈদা গুরুদেবগী খোঞ্জেল তাবদা লাকচরীবাসিনি ॥ ৩১ ॥ গুরুদেবগী চরন্দা খুরুমজরি। হৌজিক করি তৌজো হায়বগে তাকপীয়ু ॥ ৩২ ॥ আরুণিগী ব্রা তাবদা ধৌম্যনা হায়খি— "কাম্বরবা পলবু থিংলম্বদগী হৌগত্তুনা লাকপদগী নংগী নমিং ভসিদগী "উদ্দালক" অস্তুম হায়না খংনব-সনু।" গুরুদেবনা মহাককী শিষ্য অদুবু যাম্না চানবিরে ॥ ৩২ ॥ ঐগী যাথংবু কায়দনা ভাকপনা, নংগী মঙ্গল সোবদনা ওইরগনি। বেদ শাস্ত্র পুম্বা নংগী থম্মোইদা ভাল্লগনি ॥ ৩৪ ॥ গুরুদেবনা অস্তুম হায়ববদা আরুণি অদু চৎকদবা মাযকৈদা চৎখ্রে ॥ ৩৫ ॥ আপোদ ধৌম্য হায়বা ঋষি অসিগী অতোপ্পা শিষ্য অমগা লৈরম্মি। মাগী মমিং উপমন্যু কৌই। নোংম উপমন্যুদা গুরুনা ষণ শেল্লুচো হায়না যাথং পীরম্মি। গুরুগী যাথং মতুং ইন্না মাতুগী মুমিত্তুগী গুরুগী ষণ শেনবা হৌবে। অযুক মুংথিল চুপপা ষণ শেল্লুরগা মুমিদাং ব্রাইরম খুদিংগী গুরুগী আশ্রমদা লাক্তুনা গুরুগী নাক্ত লাক্তুনা হেক হেক খুরমতুনা ফমলৈ। ওঝানা উপমন্যুবু য়াম্না নোয়বা উবদা হায়— উপমন্যু! নংদি অযুক মুংথিলদা করি করি চাতুনা হিংঙি। হন্দক মরক্তি নং য়াম্না নোয়না উবেনা। উপমন্যুনা হায়— গুরুদেব! ঐ-ভিক্ষা তৌদুনা চায়। মাহদা ওঝানা হায়রকই "ঐঙোন্দা তাক্তনা অমদি কত্তুনা ভিক্ষাদা ফংবা পোৎ নং খক চাবা য়াদে।" য়াম্না ফনি হায়রদুনা মাহগী মুমিত্তুগী ভিক্ষাদা ফংবা

ময়ানিবন্ধ ভৈক্ষ্যং নোপযোক্তব্যমিতি। স তথেত্যুক্তো ভৈক্ষ্যং চরিত্বোপাধ্যায়ায় ন্যবেদয়ৎ ॥৪১॥

স তস্মাদুপাধ্যায়ঃ সর্ব্বমেব ভৈক্ষ্যমগৃহ্নাৎ। স তথেত্যুক্তঃ পুনররক্ষদ্গাঃ। অহনি রক্ষিত্বা নিশামুখে গুরুকুলমাগম্য গুরোরগ্রতঃ স্থিত্বা নমশ্চক্রে ॥৪২॥

তমুপাধ্যায়স্তথাপি পীবানমেব দৃষ্ট্বোবাচ— বৎস! উপমন্যো! সর্বমশেষতস্তে ভৈক্ষ্যং গৃহ্নামি, কেনেদানীং বৃত্তিং কল্পয়সি? ॥৪৩॥

স এবমুক্তস্তমুপাধ্যায়ং প্রত্যুবাচ—ভগবতে নিবেদ্য পূর্বম্, অপরঞ্চরামি, তেন বৃত্তিং কল্পয়ামীতি। তমুপাধ্যায়ঃ প্রত্যুবাচ ॥ ৪৪ ॥

নৈষা ন্যায্যা গুরুবৃত্তিঃ অন্যেষামপি ভৈক্ষ্যোপজীবিনাং বৃত্ত্যুপরোধং করোষি, ইত্যেবং বর্ত্তমানো লুব্ধোঽসি ॥ ৪৫ ॥

স তথেত্যুক্ত্বা গা অরক্ষৎ, রক্ষিত্বা চ পুনরুপাধ্যায়গৃহমাগম্যোপাধ্যায়স্যাগ্রতঃ স্থিত্বা নমশ্চক্রে ॥৪৬॥

তমুপাধ্যায়স্তথাপি পীবানমেব দৃষ্ট্বা পুনরুবাচ—বৎস! উপমন্যো! অহং তে সর্ব্বং ভৈক্ষ্যং গৃহ্নামি, ন চান্যচ্চরসি, পীবানসি ভৃশম্, কেন বৃত্তিং কল্পয়সি? ইতি ॥৪৭॥

স এবমুক্তস্তমুপাধ্যায়ং প্রত্যুবাচ— ভো এতাসাং গবাং পয়সা বৃত্তিং কল্পয়ামি ইতি ॥৪৮॥

তমুবাচোপাধ্যায়ঃ—নৈতন্ন্যায্যং পয় উপযোক্তুং ভবতঃ ময়া নাভ্যনুজ্ঞাতমিতি ॥৪৯॥

---

পোৎ পুন্নমকস্থ গুরুদা কৎশিনথি ॥ ২৬-৪১ ॥ গুরুনস্থ মাত্তোন্দগী ভিক্ষাগী পোৎ পুন্নমক লৌশিল্লে। নুমিৎ খুদিং অদুম্বা তৌজগনি হায়না গুরুগী যণ হেক হেক শেলবা চৎখি। মতৌ অস্থন্না অমুক নুংথিল গুরুগী যণস্থ শেল্লুবগা সন্ধ্যাগী মতমদা গুরুগী নাক্ত ভিক্ষাগী পোৎকা লোযননা লাক্কুনা গুরুদা কৎলৈ অমদি খুরুম্মৈ। হান্নগী মতৌগুম অদুমমক নোযবা উবদা গুরুনা অমুক উপমন্যুদা হায়রকই— "উপমন্যু। নংনা ফংলকপা ভিক্ষাগী পোৎ পুন্নমক ঐনা লোযনা লৌশিল্লে। অদু মতুংদা নংনা অস্থুম নোযত্থনা নৌবিরবসি করিননো? হৌজিক নংগী করিনা জীবিকা ওইবি? মহাক্ত ওঝাদা হায— অহানবদা ফংবা পোৎশিং অত্ত গুরুদেবদা কৎলমলগা অমুক ভিক্ষা নিবা চৎচে, মাত্তনা হিংজরিবনি। ওঝানা মাত্তোন্দা হায "গুরুগী মফমদা নংনা চৎলিবা ব্যবহার অস্থ চুমদে। অস্থগা অতোপ অতোপপা চাকনিবশিংগী জীবিকাস্থ নংনা ককথৎপিরে। মতৌ অস্থুমনা তৌরবদি ভিক্ষা নিত্থনা চায হায়বরস্থ নং লোভী হাযবস্থ ওইরে" ॥ ৪২-৪৫ ॥

"যাম্না ফনি গুরুদেব, অমুক হন্ন নিজববোই" অস্থুম হায়ত্থনা উপমন্যুনা গুরুগী যণশিং অত্তু হান্নগুম্ন শেনখি। মুমিদাং ৱাইরম থুদিংদা হললকত্থুনা গুরুদা হেক হেক খুরুমজে ॥ ৪৬ ॥ গুরুনা মাবু হান্নগুম্না অস্থমমক নোযবস্থ উবদা হায়— "উপমন্যু। নংনা ভিক্ষা তৌত্থুনা নিংথো পুন্না ঐনা লৌশিললে অম অমুক নিবস্থ তোকলে। অদুবু হান্নগুম অদুমমক নোয়রি। হৌজিক অমুক করি চাত্থুনা হিংলি?" ॥ ৪৭ ॥ ওঝানা অদুম হায়রবদা উপমন্যুনা হায়— "গুরুদেব যণশিং অদুগী শঙ্গোমত্থনা থৱাই হিংলি ॥ ৪৮ ॥ ওঝানা মাত্থু তারবদা হায়রকই— মতৌ অস্থুমনা

স তথেতি প্রতিজ্ঞায় গা রক্ষিত্বা পুনরুপাধ্যায়গৃহমেত্য গুরোরগ্রতঃ স্থিত্বা নমশ্চক্রে ॥৫০॥

তমুপাধ্যায়ঃ পীবানমেব দৃষ্টোবাচ— বৎস ! উপমন্যো ! ভৈক্ষ্যং নাশ্নাসি, ন চান্যচ্চরসি, পয়ো ন পিবসি, পীবানসি ভৃশম্, কেনেদানীং বৃত্তিং কল্পয়সি ? ইতি ॥৫১॥

স এবমুক্ত উপাধ্যায়ং প্রত্যুবাচ—ভোঃ ! ফেনং পিবামি, যমিমে বৎসা মাতৄণাং স্তনান্ পিবন্ত উদ্গিরন্তি ॥৫২॥

তমুপাধ্যায়ঃ প্রত্যুবাচ এতে ত্বদনুকম্পয়া গুণবন্তো বৎসাঃ প্রভূততরং ফেনমুদ্গিরন্তি। তদেষামপি বৎসানাং বৃত্ত্যুপরোধং করোষি, এবং বর্ত্তমানঃ ফেনমপি ভবান্ন পাতুমর্হতীতি। স তথেতি প্রতিশ্রুত্য পুনররক্ষদ্গাঃ ॥৫৩॥

তথা প্রতিষিদ্ধো ভৈক্ষ্যং নাশ্নাতি, ন চান্যচ্চরতি, পয়ো ন পিবতি, ফেনং নোপযুঙ্ক্তে। স কদাচিদরণ্যে ক্ষুধার্ত্তোঽর্কপত্রাণ্যভক্ষয়ৎ ॥৫৪॥

স তৈরর্কপত্রৈর্ভক্ষিতৈঃ ক্ষার-তিক্ত-কটু-রূক্ষৈস্তীক্ষ্ণবিপাকৈশ্চক্ষুষ্যুপহতোঽন্ধো বভূব। ততঃ সোঽন্ধোঽপি চঙ্ক্রম্যমাণঃ কূপেঽপতৎ ॥৫৫॥

অথ তস্মিন্ননাগচ্ছতি সূর্য্যে চাস্তাচলাবলম্বিনি উপাধ্যায়ঃ শিষ্যানবোচৎ—নায়াত্যুপমন্যুঃ। ত ঊচুর্বনং গতো গা রক্ষিতুমিতি। তানাহ উপাধ্যায়ঃ ॥৫৬॥

ময়োপমন্যুঃ সর্ব্বতঃ প্রতিষিদ্ধঃ, স নিয়তং কুপিতঃ, ততো নাগচ্ছতি চিরম্ ততোঽন্বেষ্যঃ, ইত্যেবমুক্ত্বা শিষ্যৈঃ সার্দ্ধমরণ্যং গত্বা তস্যাহ্বানায় শব্দং চকার, ভো উপমন্যো ! ক্বাসি বৎস ! এহি ইতি ॥৫৭॥

---

শঙ্গোম থকপা চুমদে। মাদু নংনা ঐগী যাথং লোইনা তৌবা নত্তে" ॥৪৯॥ "য়ামনা ফনি গুরুদেব অমুম হায়দুনা শঙ্গোম থকপসু তোবলে। অযুক নুংথিল কবিমত্তা চাদনা গুরুগী যণশিং অদু শেল্লুরগা সন্ধ্যা খুদিংগী লাকতুনা হেক হেক খুরৈম্মে ॥৫০॥ অদুফাওবদা উপমন্যুনা অদুম্মক নোয়দুনা লৈবদু উবদা গুরুনা হায়রকই— ইবুঙো উপমন্যু। ভিক্ষা তৌদুনা চাবসু তোবলে, অতোপপা অমমুক পিবসু তোকলে, শঙ্গোমসু থক্ত্রে, অদুবু নোযবদি অতুমক লোয়রি করিনা হৌজিক নংগী জীবিকা ওইরি ॥৫১॥ গুরুনা অদুমনা হংলবদা খুম্মি গুরুদেব। যণাওশিংনা মমাগী মখোম থকপা মতমদা মথয়াত্তগী শিন্থরকপা কোঙ্গোল অদু থক্তুনা হিংজরি ॥৫২॥ ওখানা মাঙোন্দা হায়— ঐগী যণাওশিং অসি যামনা থৌজাল হৈবনি, নংবু যংশিবদগী কোঙ্গোল যামনা শিন্থহল্লিবনি হায়দুনা যণনাওশিংনা থকচগদৌবসু নংনা থিংবিরে। অহনা ভসিদগী যণনাওগী থয়াত্তগী তারকপা কোঙ্গোলসু নংনা থকপা য়াদে। উপমন্যুনা য়ামনা ফগনি গুরুদেব অমুম হায়দুনা গুরুগী যণ শেনবা চংখি। ॥৫৩॥

মতৌ অমুন্না হিরম পুম্নমক্তা থিংবিখ্রবা উপমন্যু অদু ভিক্ষাসু তৌখিদ্রে, অতোপ্পা অমা নিবসু তোকখ্রে, সঙ্গোমসু থকখিদ্রে, কোঙ্গোলসু থকখিদ্রে। নোংমা লামমনখ্রদুনা অঙোংমনা থত্তুনা চাহ্রুরে ॥৫৪॥ য়াল্লবা খান্নবা শারবা শিল্লবা যল্লবা অতুগা চাবদা তুমগনব্রবা অঙোং মনাশিং অদু চারুবদগী মমিৎ অনিমক উখিদ্রে। অদুদগী মমিৎ উদনা কোয়না চৎপদা গুহা অমদা তাখ্রে ॥৫৫॥ অদুগী তুডো সুমিৎনা তাখ্রবা কাউবদা উপমন্যুনা হল্লক্তব্রবদা থৌমানা শিষ্যশিংদা হাযরকই—উপমন্যু

স উপাধ্যায়বচনং শ্রুত্বা প্রত্যুবাচোচ্চৈঃ—অয়মস্মিন্‌কূপে পতিতোঽহমিতি। তমুপাধ্যায়ঃ প্রত্যুবাচ—কথং ত্বমস্মিন্ কূপে পতিত ইতি ॥৫৮॥

স উপাধ্যায়ং প্রত্যুবাচ—অর্কপত্রাণি ভক্ষয়িত্বাঽহন্ধীভূতোঽস্মি, অতশ্চঙ্ক্রমামাণঃ কূপে পতিত ইতি ॥ ৫৯ ॥

তমুপাধ্যায়ঃ প্রত্যুবাচ, "অশ্বিনৌ স্তুহি, তৌ দেবভিষজৌ ত্বাং চক্ষুষ্মন্তং কর্ত্তারৌ" ইতি ॥ ৬০ ॥

স এবমুক্ত উপাধ্যায়েনোপমন্যুঃ স্তোতুমুপচক্রমে দেবাবশ্বিনৌ বাগ্‌ভির্বাগ্‌ভিঃ ॥ ৬১ ॥

প্রপূর্ব্বগৌ পূর্ব্বজৌ চিত্রভানূ গিরা বাং শংসামি তপসা হ্যনন্তৌ।
দিব্যৌ সুপর্ণৌ বিরজৌ বিমানাবধিক্ষিপন্তৌ ভুবনানি বিশ্বা ॥ ৬২॥
হিরণ্ময়ৌ শকুনী সাম্পরায়ৌ নাসত্যদস্রৌ সুনসৌ বৈজয়ন্তৌ।
শুক্রং বয়ন্তৌ তরসা সুবেমাবধিবায়ন্তাবসিতং বিবস্বতঃ ॥ ৬৩ ॥
গ্রস্তাং সুপর্ণস্য বলেন বর্ত্তিকামমুঞ্চতামশ্বিনৌ সৌভগায়।
তাবৎ সুবৃত্তাবানমং তমায় যা বসত্রমা গা অরুণা উদাবহৎ ॥ ৬৪ ॥

---

অদুবু হৌজিক ফাওবা লাকখিদবে। বন্দা যণ শেনবা চৎখি, হায়না মযামনা খুম্মি। ওঝানা মাখোইদা হায়রকই ॥৫৬॥ ঐনা উপমন্যুবু চাজগদৌবা হিরম পুম্নমক্তগী থিংবিরে, অদুদা মহাক ঐবু শোযদনা শাউরম্নগনি অদুন্না হৌজিক কাউবা লাক্লবনি। অঙ্গনা মাবু থিকসি। অস্থম হায়দুনা ধৌম্যাচার্য্যনা বন্দা চত্তুনা উপমন্যুবু কৌরকই—হো উপমন্যু! নংবু কদাযদা লৈবগে? লাক্লো ইবুংঙো ॥৫৭॥ ওঝাগী খোঞ্জেল তাবদা উপমন্যুনা খুমলকই—গুরুদেব! ঐদি গুহা অসিদা তাদুনা লৈরে ধৌম্যনা হায়রকই গুহাদা নংদি করম হায়না তাখিবনো? ॥৫৮॥ উপমন্যুনা ওঝাদা হায়বকই—অঙ্গোৎমনা চারুবদগী মিৎ উখিদ্রে। কোইচৎ চৎপদা উদঙনা গুহাদা তারিবসিনি ॥৫৯॥ ওঝানা হায়বকই—নং অশ্বিনী কুমার অনিগী স্তুতি তৌ। মাখোযদি দেবলোকী হৈরবা কবিরাজনি। মখোয়না শোয়দনা নংগী নমিৎ উহনগনি ॥৬০॥ অস্থম হায়রবদা উপমন্যুনা বেদগী মন্ত্রনা স্তুতি তৌবা হৌবরে ॥৬১॥

হে অশ্বিনী কুমার অনি! যম্ভ পূম্বদা নংখোযনা দেব পুমনমক্কী মাং থাদুনা চৎলিবনি, দেবতা পুমনমক্কী খব্বাইগী অহল ওইনা লৈরিবনি, প্রমাণ লৈতনা তপস্যা কল্লবা, স্বর্গদা লৈবা, সনাগী লুহুপ উপলিবা, রজোগুণ অমদি অহংকাব য়াউত্রবা অমদি জগৎ পুমনমক্ক শিনথুংনা চত্তুনা লৈরিবা নখোয় অনিনি। বেদগী ব্বাহৈশিং অসিনা নখোযগী স্তুতি তৌজবি ॥৬২॥ সনাগী অলঙ্কারদনা লৈতেংলিবা, লাংজাগী মতৌগুমনা যাংনা চৎলিবা, অব্বা-অনাদগী কনবিরিবা, থবক পুম্বা মীনম্বা লৈতবা, লাইনা পুমনমকপু কোকপিহৈবা, ব্বাংলবা নিংথিরবা নাতোন ওইবা, বৈজয়ন্ত ধামদা হায়বদি ইন্দ্রলোকতা লৈবদা মতিক চারবা নখোয় অনিনি। ফিশাবা মীনা অমুবা লং থাদোক্লনা অঙৌবা ফি শইহনবগুম নখোযবু পোকপা সূর্য্য দেবগী শক্তিনা অমুবা কুষ্ঠ য়োগবু মাঙ্হন্দুনা ঙৌহল্লিবা নখোয় অনিনি ॥৬৩॥ হে অশ্বিনী কুমার অনি! গরুড়গী মতৌগুম কল্লবা, নেত্র য়োগনা খুদুম চল্লবা, উচেক্কী মতৌগুম্লবা, নিপা নত্রগা সুপীগী ব্বারবা জীব অদুবু মতম কুইনা লৈরক্লবা নেত্র য়োগগী অব্বাবদগী নখোয় অনিনা কনবিরিবনি; মরম অদুনা জগৎকী কানরবা নিংথিরবা ব্যকসায়না

ষষ্টিশ্চ গাবস্ত্রিশতাশ্চ ধেনব একং বৎসং সুবতে তং দুহন্তি।
নানাগোষ্ঠা বিহিতা একদোহনাস্তাবশ্বিনৌ দুহতো ঘর্মমুক্থ্যম্ ॥ ৬৫ ॥
একাং নাভিং সপ্তশতা অরাঃ শ্রিতাঃ প্রধিষ্বন্যা বিংশতিরর্পিতা অরাঃ।
অনেমি চক্রং পরিবর্ত্ততেহজরং মায়াশ্বিনৌ সমনক্তি চর্ষণী ॥ ৬৬ ॥
একং চক্রং বর্ত্তত দ্বাদশারং ষণ্নাভিমেকাক্ষমৃতস্য ধারণম্।
যস্মিন্ দেবা অধি বিশ্বে বিষক্তাস্তাবশ্বিনৌ মুঞ্চতো মা বিষীদতম্ ॥৬৭॥
অশ্বিনাবিন্দুমমৃতং বৃত্তভূয়ৌ তিরোধত্তামশ্বিনৌ দাসপত্নী।
হিত্বা গিরিমশ্বিনৌ গামুদাচরন্তৌ তদ্বৃষ্টিমহ্না প্রস্থিতৌ বলস্য ॥ ৬৮ ॥
যুবাং দিশো জনয়থো দশাগ্রে সমানং মূর্দ্ধ্নি রথযানং বিয়ন্তি।

---

নখোয অনিগী ওইরবা অশ্বিনী কুমার কোবা নখোয় অনিগী নফমদা ঐনা চাজরি ॥৬৪॥ অহিং সুংথিলগী মশক ওইরবা যণবী চহুমহুন্ফুনা চহি অমগী মশক ওইরবা যম্নাও অমা পোকই। হাযবদি অহিং সুংথিল শুমিৎ চহুম হুন্ফুনা চহি অমা ফাই। তত্ত্ব খংবা মহাত্মাশিংনা যম্নাওগী মশক ওইবা চহি অমাসিদা যেংবা তাবনাচিংবা মখল মখা অয়াম্বা থবক পাংথোকই। অদুগুম্বা যণনাওত্বু পোকহল্লিবস্থ নখোয় অনিনি। অদুগুম্বা যম্নাও অদুবু যণবীশিং অদুদা পীথক্লগা তাব উবনচিংবা ইন্দ্রিয মণ্ডলগী কর্ম্ম মণ্ডলবু পঞ্চামৃতগী মশক ওইরবা ক্ষীরবু নখোয় অনিনা শুমথবিরি ॥ ৬৫ ॥ অশ্বিনী কুমার অনিমক। অয়ুক সুংথিল চহুমহুন্ফু অমস্তুং অহিং চহুমহুন্ফু ওমমল্লা অহিং-সুংথিল চাতরেৎকুল অসিনা নাভি চক্রগী চাকাগী মশা ওইদুনা চহি অমগী মশক ওইরবা মশাশিত্থংগী মযোল (মুণ্ডা) অদুদা চংজদুনা থা তরানিথোইগী মশক ওইরবা মযাইথংবা চাকাদা চংশিল্লি। চাকা অসিগী নেমি (পুথি) দি যাওদে। মাযাগী মশক ওইরবা অমাং অতা লৈত্রবা চক্র অসি মতম পুমনমক্তা লৈরি। ইহলোক পরলোক অনিগী জীবশিংগা অতৎ অথম লৈতনা তিন্নহল্লি। হায়রিবা কালচক্র অসিবু নখোয অনিতনা সেম্বনি ॥৬৬॥

অতোপ্পা কাল চক্র অমগা লৈরি, রাশি তবানিথোইনা মহাক্কী চাকাগী মশানি, ঋতু তরুক্না চাকা অহুগী মযোলনি, চহি অমনা মহাককী মুণ্ডানি, হাযরিবা কালচক্রসি অমুকমুক লৈরকপদা মানা মানা তৌবা কর্ম্মগী ফল হেক হেক পী; হাযরিবা চাকা অসিগী নেমি (পুথি) অসিদা দেবতা পুমনমক্লা অমগা অমগা শম্নদুনা নপুনা লৈরিবনি। হে অশ্বিনী কুমার অনিমক। হায়রিবা কালচক্র অসিমক নখোই অনিনা হোদোকপনি। ঐ অসি মিৎ উদদুনা অবাবা তাদুনা লৈরে, মরম অদুনা নখোয় অনিমা তোল্লবা ঐবু থাদোকপিগনি ॥৬৭॥ হে অশ্বিনী কুমার অনিমক। অচৎ চত্ত লৈরিবা জগৎ পুম্বা অসিদা লৈরিবা নিয়মশিং অসি নখোইনা শেম্বা ভাক্তনি; অদুনা নখোইনা অমৃতগী তুং-নফম ওইবা চন্দ্রমাবু মানা তারকপা মতমদা সমুদ্রগী ঈশিং মথুংদা লোৎতুনা থম্মি। অদুগা নখোই অনিনা সুমেরুচিংবু থাদোক্রমদুনা পৃথিবীদা কুমথরকতুনা লৌউবগী থম্বাইদগী কান্নরবা ইশিংগী মশক ওইরবা অমৃতবু খিকথরমলগা অমুক থুনা চৎখিব্রবনি ॥৬৮॥ নখোয় অনিগী অহানবদা মাইকৈ তরা

তাসাং যাতমৃদ্ধমাংস্বপ্রয়াস্তি দেবা মনুষ্যাঃ ক্ষিতিমাচরন্তি ॥ ৬৯ ॥
যুবাং বর্ণান্ বিকুরুথো বিশ্বরূপান্ তেঽধিক্ষিপন্তে ভুবনানি বিশ্বা ।
তৌভানবোঽপ্যপ্সৃতাশ্চরন্তি দেবা মনুষ্যাঃ ক্ষিতিমাচরন্তি ॥ ৭০ ॥
তৌনাসত্যাবশ্বিনৌ যাং মহেঽহং স্রজঞ্চ যাং বিভৃথঃ পুষ্করস্য ।
তৌ নাসত্যাবমৃতাবৃতাবৃধাবৃতে দেবস্তৎপ্রপদে ন সূতে ॥৭১॥
মুখেন গর্ভং লভেতাং যুবানৌ গতাস্বেতৎ প্রপদেন সূতে ।
সদ্যো জাতো মাতরমত্তি গর্ভস্তাবশ্বিনৌ মুঞ্চথো জীবসে গাঃ ॥ ৭২ ॥
স্তোতুং ন শক্নোমি গুণৈর্ভবন্তৌ চক্ষুর্বিহীনঃ পথি সংপ্রমোহঃ ।
দুর্গেঽহমস্মিন্ পতিতোঽস্মি কূপে যুবাং শরণ্যৌ শরণং প্রপদ্যে ॥ ৭৩ ॥

সৌতিরুবাচ । এবমুপমন্যুশ্চাশ্বিনৌ স্তবৎ । ইত্যেবং তেনাভিষ্টুতাবশ্বিনাবাজগ্মতুরাহতুশ্চৈনম্,—প্রীতৌ স্বঃ, এষ তেঽপূপঃ, অশানৈনম্, ইতি ॥ ৭৪ ॥

---

সেন্মি, অতুগী মতুংদা আকাশবু অমদি সূর্য্যনারায়নবু সেন্মি। লৈরিবা মাইকৈ মফমশিং অসিগী মতুংইন্না ঋষিশিংনা সন্ধ্যা তর্পননচিংবা তোগে হায়না চংনরি। অদুগা দেবতাশিংনা মাখোয়না তৌরিবা পূজা তর্পননচিংবদু লৌগে হায়হুনা পৃথিবীদা কুমথবকই অদুগা মীওইবশিংনসু পূজা অদুবু তোগে হায়হুনা কর্ম্ম তৌরি, অসিগুম্বা তাইবংমী অমসু লাইয়াম পুমনমককী তিন্নফম ওইববা পৃথিবী অসি নখোয়না সেম্বনি॥৬৯॥

হে অশ্বিনী কুমার অনিমক। মচু মখল মথা অযাম্ববু নখোয়না সেম্বনি হায়বিবা মচুশিং অদুনা জগৎপু কুপ্পুনা থমলি অদুগা পোৎ পুমনমক্তা চংনচংনা সুমিংবী মভান্দা মচুশিং অদুনা চংলি, দেবতা অমসুং মীওইবশিংনা জগৎ পুমনমক অসিদা কোইচৎ চংতুনা লৈবি॥৭০॥ হে অশ্বিনী কুমার অনি। থমোয সু'দা নখোয অনিগী পূজা কৎচরি অদুগা নখোয় অনিনা শিরিবা পদ্ম মালাদুগী পূজাসু এৈনা কচ্চরি। নখোয়দি ফাউরবা, অচুম্বগী মশক ওইরবা, মতম লৈবখিবিক্তা অপুনবা লৈত্রবা অমদি অচৎ চত্ত পুম্বগী অচুম্বা লম্বীবু তাকলিবনি নখোয় অনি য়াউদনা দেবতাশিংনা সোম যজ্ঞদা মখোং নামা ফাউবা কানশিনবা ঙমত্রিবনি॥৭১॥ হে অশ্বিনী কুমার অনিমক। নিপা মুপী অনিমক্তা লিঙ্গ অমদি যোনিগী মশক ওইরবা থোংদা চংশিনখিহনা মুপীনা মাগী পুকনু'দা নিপা অদুম মচা ওইনা গর্ভদা পুই, মতম অদুদা গর্ভদা লৈরিবা জীব অদুনা নিপা নত্রগা মুপীগী মশক লৌরনা জ্ঞান তাদনা অশিবগুম লৈ, মতম অদুদা নখোয় অনিগী থৌজালদগী জীব অদুনা জ্ঞান ফংই, জ্ঞান অদুনা মরম ওইদুনা অঙাং অদুনা হেক পোকপদা মমাগী মখোম থকই; অদুম ওইবা নখোয় অনিনা ঐগী জীবসি কন্নবা মিৎকী শক্তি অসি অমুক পিনবিয়ু॥৭২॥ ইশা ইথক্তগী গুণনা নখোয় অনিগী স্তুতি মপুং ফানা তৌবা ঙমজদে, মিৎ য়াওদবনা ঐগী গতি পুমনমক থিংখ্রে, অদুনা ঐনা গুহাদা তাদুনা লৈরবসিনি, নখোয় অনিনা ঐগী কনবিবা মপুনি, অদুমা নখোয়গী নকমদা ঐনা চংজরি॥৭৩॥

সৌতিনা হায়খি:— মতৌ অদুমনা বেদিক অমদি লৌকিক ওইবা স্তোত্রনা উপমন্যুনা অশ্বিনী কুমার

স এবমুক্তঃ প্রত্যুবাচ—নানৃতমূচতুর্ভগবন্তৌ। ন ত্বহমেতমপূপমুপযোক্তুমুৎসহে গুরবে অনিবেদ্য, ইতি ।৭৫।

ততস্তমশ্বিনাবূচতুঃ। আবাভ্যাং পুরস্তাদ্ভবত উপাধ্যায়েনৈবমেবাভিষ্টুতাভ্যামপূপো দত্তঃ, উপযুক্তঃ স তেনা-নিবেদ্য গুরবে, ত্বমপি তথৈব কুরুষ্ব, যথা কৃতমুপাধ্যায়েন ইতি ॥৭৬॥

স এবমুক্তস্তু প্রত্যুবাচ—এতৎ প্রত্যনুনয়ে ভবন্তাবশ্বিনৌ, নোৎসহেঽহমনিবেদ্য গুরবেঽপূপমুপযোক্তুম্ ইতি ।৭৭।

তমশ্বিনাবাহতুঃ, প্রীতৌ স্বস্তবানয়া গুরুভক্ত্যা। উপাধ্যায়স্য তে কার্ষ্ণায়সা দন্তা ভবতোঽপি হিরণ্ময়া ভবিষ্যন্তি, চক্ষুষ্মাংশ্চ ভবিষ্যসি, শ্রেয়শ্চাবাপ্স্যসি, ইতি ॥৭৮॥

স এবমুক্তোঽশ্বিভ্যাং লব্ধচক্ষুরুপাধ্যায়সকাশমাগম্যোপাধ্যায়মভ্যবাদয়ৎ, আচচক্ষে চ ॥৭৯॥

স চাস্য প্রীতিমান্ বভূব, আহ চৈনম্ যথাশ্বিনাবাহতুস্তথা ত্বং শ্রেয়োঽবাপ্স্যসি ইতি ॥ ৮০ ॥

সর্ব্বে চ তে বেদাঃ প্রতিভাস্যন্তি, সর্ব্বাণি চ ধর্ম্মশাস্ত্রাণি, ইতি। এষা তস্যাপি পরীক্ষোপমন্যোঃ ॥৮১॥

অথাপরঃ শিষ্যস্তস্যৈবাপোদস্য ধৌম্যস্য বেদো নাম। তমুপাধ্যায়ঃ সমাদিদেশ 'বৎস! বেদ! ইহাস্যতাং তাবন্মম গৃহে কঞ্চিৎ কালম্, শুশ্রূষুণা চ ভবিতব্যম্, শ্রেয়স্তে ভবিষ্যতি, ইতি ॥৮২॥

---

অনিগী স্তুতি তৌখি। উপমন্যুগী স্তুতি অদুদা পেল্লদুনা অশ্বিনী কুমাব অনিসু মূর্ত্তি ওইনা চোং-থোবকতুনা উপমন্যুদা হাযখি ঃ— ঐখোয যাম্না পেল্লে ঐখোয অনিনা তল অমমম নংভোন্দা পীরিবসিনি, মাসি চাউ ॥৭৫॥ অশ্বিনী কুমার অনিনা অসুম হাযববদা উপমন্যুনা হাযরকই—নখোয অনিদি মীনম্বা ভাংদ্রবা দেবতানি। অদুবু পীবিরিবা তল অসি গুরুদেবদা তাক্তনা চাবা ভমজদ্রে ॥৭৫॥ অশ্বিনী কুমার অনিনা হাযবকই মমাংদৌদা নখোযগী গুরু ধৌম্যাচার্য্যনাসু ঐখোয অনিগী মতৌ অসুম্না স্তুতি তৌখি মাহুদা ঐখোযনসু মাঙোন্দা তল অমা পিখি অদুবু মহাক্নদি মাগী গুরুদা কৎতনা অদুমক চাখি, অদুগুম্বনা নহাবসু নখোযগী গুরুনা তৌখিবগুম্না অদুমক তৌ ॥৭৬॥

অশ্বিনী কুমাব অনিনা অসুম্না হাযরবদা উপমন্যুনা হাযরকই— ঐনা নখোয় অনিদা হায়জরিবা অসিনি, ঐদি গুরুদেবদা তাক্তনা তল অসি চাবা ভমলোই ॥৭৭॥ অশ্বিনী কুমার অনিনা উপমন্যুদা হায়খি— নহাক্কা গুরু ভক্তি অসি উবদা ঐখোয অনি পেল্লে। নংগী গুরুগী যাশিং অদো য়োংকী মতৌগুম্না মুরগনি অদুগা নংগী যাশিং অসিনা সনাগী মতৌগুমলগনি অদুগা নমিৎ উদুনা নংগী মঙ্গল শোয়দনা ওইরগনি ॥৭৮॥ অশ্বিনী কুমার অনিনা অষম্না বর পীরবদা উপমন্যু অদু মমিৎ উরদুনা গুহাদগী কাখৎলকতুনা গুরুগী নাক্ত লাকতুনা খুরুমখি অমদি থোকখিবা থৌদোক পুমনমক তমখি ॥৭৯॥ গুরু ধৌম্যাচার্য্যনা থোইদোক্না পেলখ্রদুনা হাযরকই—অশ্বিনী কুমার অনিনা হায়খিবদু শোয়দ্রবনি নং মঙ্গল ওইরগনি ॥৮০॥

অয়াম্বা বেদ শাস্ত্র পুম্নমক্কী জ্ঞান মথন্ত নংগী থমোইদা পোকচরগনি অসুম্না উপমন্যুগী পরীক্ষা তৌখ্রে ॥৮১॥

আপোদ ধৌম্যাগী শিষ্য অমগা বৈরম্মি মাগী মমিং বেদ কৌই। নোংমা গুরুনা বেদদা হায়-রকই—ইবুঙো বেদ! নং ঐগী য়ুম্দা মতম খরদং লৈদুনা ঐগী সেবা তৌ, নংগী মঙ্গল ওইগনি ॥৮২॥

স তথেত্যুক্ত্বা গুরুকুলে দীর্ঘকালং গুরুশুশ্রূষণরোঽবসৎ।
গৌরিবনিত্যং গুরুণা ধুর্ষু নিযোজ্যমানঃ শীতোষ্ণক্ষুত্তৃষ্ণাদুঃখসহঃ সর্বত্রাপ্রতিকূলস্তস্য মহতা কালেন গুরুঃ পরিতোষং জগাম ॥ ৮৩ ॥

তৎপরিতোষাচ্চ শ্রেয়ঃ সর্বজ্ঞতাং চাবাপ। এষা তস্যাপি পরীক্ষা বেদস্য ॥ ৮৪ ॥

স উপাধ্যায়েনানুজ্ঞাতঃ সমাবৃত্তস্তস্মাদ্ গুরুকুলবাসাদ্ গৃহাশ্রমং প্রত্যপদ্যত ॥ ৮৫ ॥

তস্যাপি স্বগৃহে বসতস্ত্রয়ঃ শিষ্যা বভূবুঃ। স শিষ্যান্ন কিঞ্চিদুবাচ কর্ম বা ক্রিয়তাং গুরুশুশ্রূষা বেতি।
দুঃখাভিজ্ঞো হি গুরুকুলবাসস্য শিষ্যান্ পরিক্লেশেন যোজয়িতুং নেয়েষ ॥ ৮৬ ॥

অথ কস্মিংশ্চিৎ কালে বেদং ব্রাহ্মণং জনমেজয়ঃ পৌষ্যশ্চ ক্ষত্রিয়াবুপেত্য বরয়িত্বোপাধ্যায়ং চক্রতুঃ ॥৮৭॥

স কদাচিদ্যাজ্যকার্যেণাভিপ্রস্থিতো গৃহে উতঙ্কনামানং শিষ্যং নিয়োজয়ামাস। ভো উতঙ্ক! যৎকিঞ্চিদস্মদ্গৃহে পরিহীয়তে তদিচ্ছাম্যহমপরিহীয়মানং ভবতা ক্রিয়মাণমিতি। স এবং প্রতিসন্দিশ্যোতঙ্কং বেদঃ প্রবাসং জগাম ॥৮৮॥

অথোতঙ্কঃ শুশ্রূষুর্গুরুনিয়োগমনুতিষ্ঠমানো গুরুকুলে বসতি স্ম। স তত্র বসমান উপাধ্যায়স্ত্রীভিঃ সহিতাভিরাহূয়োক্তঃ ॥৮৯॥

উপাধ্যায়ানী তে ঋতুমতী, উপাধ্যায়শ্চ প্রোষিতঃ, অস্যা যথায়মৃতুর্বন্ধ্যো ন ভবতি, তথা ক্রিয়তাম্, এষা বিষীদতি, ইতি ॥৯০॥

---

"যাম্না ফজনি গুরুদেব" হায়দুনা বেদ কৌবা শিষ্য অসি মতম কুইনা গুরুগী যুমদা লৈখি। মগী মতৌগুম, মতম অযাম্বদা অকন্বা পোৎ হোনবদা শিজিন্নৈ নিংথমথা, ওলাংথাগী অৱাবা পুম্বা অমদি অরাম্বা খৌরাংবা পুম্বা খাংদুনা হিরম পুমনমক্তা গুরুগী যাথং ঙাকলমই, মতৌ অসুমনা মতম কুইনা গুরুবু পেলহন্দুনা লৈখি ॥৮৩॥ গুরুনা পেনবিববদ্দা মখল মথা অযাম্বা মঙ্গল অমদি জ্ঞান ফংখি বেদ কৌবা শিষ্যগীসু পরীক্ষা লোইখ্রে ॥৮৪॥ বেদ কৌবা শিষ্যনা ওঝাগী য়াথং লৌদুনা সমাবর্তনগী থবক তৌরয়গা গুরুগী আশ্রম থাদোক্তুনা গৃহস্থ আশ্রমদা চংখি ॥৮৫॥ গৃহস্থ আশ্রমদা লৈরবা কান্দা বেদগী শিষ্য অহুম পোকখি। অহুমনদি ওইরবদা "গুরুগী সেবা তৌ, ঐগী থবক অসি তৌ" হাযবসিদদি মাখোযদা মহায়খিদ্রে। মবমদি গুরুগী আশ্রমদা লৈবগী অৱাবা মশানা মুম্না খংখ্রে, অদুনা শিষ্যশিংদা অৱাবা খকপিনিংদে ॥৮৬॥ অদুগী তুংদা মতম খর হৌখ্রবা তুংদা জনমেজয় কৌবা অমদি পৌষ্য কৌবা নিংথৌনা বেদগী নাক্ত চত্তুনা, হায়জদুনা মহাকপু দ্বার পণ্ডিত হাপখি ॥৮৭॥ নোংমা, বেদ কৌবা পণ্ডিত অসিনা যজমানগী করিগুম্বা পূজা অমাগীদমক অতোপ্পা মফমদা চৎলমদায়দা উতঙ্ক কৌবা মাগী শিষ্য অমদা হায়রমই—"উতঙ্ক! নং যুম অসি শংঙম্মু। যুমগী অৱাৎ অপা পুমনমক য়েংলম্মু। মাসি পুমনমক নংনা কাইদনা তৌরমগনি হায়না খল্লি" অসুম হায়রমদুনা বেদ কৌবা পণ্ডিত অসি চৎখ্রে ॥৮৮॥ উতঙ্কনা গুরুগী যুমদা লৈদুনা বগশেনবনাচিংবা থবক পুমনমক তৌদুনা লৈখি। নোংমা, আশ্রমগী নুপীশিংনা উতঙ্কবু কৌরগা হায়খি ॥৮৯॥ "নংগী গুরুগী নুপী অসি রজস্বলা ওইরি, নংগী গুরুসু লংযৈদা চৎখি অদুনা গুরুগী মহুত্তা থবক পুমনমক তৌদুনা লৈরিবনিনা ঋতু পালন নংনা তৌবা তাই। ঋতু অসি অরেম্বদা মাংলগত্রা হায়দুনা য়ামনা থৱাই ৱাদুনা লৈরে" ॥৯০॥

স এবমুক্তস্তাঃ স্ত্রিয়ঃ প্রত্যুবাচ, ন ময়া স্ত্রীণাং বচনাদিদমকার্য্যং করণীয়ম। অহমুপাধ্যায়েন সন্দিষ্টঃ অকার্য্যমপি ত্বয়া কার্য্যম্ ইতি ॥৯১॥

তস্য পুনরুপাধ্যায়ঃ কালান্তরেণ গৃহমাজগাম তস্মাৎ প্রবাসাৎ। স তু তদ্বৃত্তং তস্যাশেষমুপলভ্য প্রীতিমানভূৎ।৯২

উবাচ চৈনম্, বৎস! উতঙ্ক! কিং তে প্রিয়ং করবাণি ইতি। ধর্ম্মতো হি শুশ্রূষিতোঽস্মি ভবতা, তেন প্রীতিঃ পরস্পরেণ নৌ সংবৃদ্ধা। তদনুজানে ভবন্তম্, সর্ব্বানেব কামানবাপ্স্যসি, গম্যতাম্ ইতি ॥৯৩॥

স এবমুক্তঃ প্রত্যুবাচ, কিং তে প্রিয়ং করবাণি ইতি। এবং চাহুঃ ॥৯৪॥

যশ্চাধর্ম্মেণ বৈ ব্রূয়াদ্যশ্চাধর্ম্মেণ পৃচ্ছতি। তয়োরন্যতরঃ প্রৈতি বিদ্বেষং চাধিগচ্ছতি ॥৯৫॥

সোঽহমনুজ্ঞাতো ভবতা ইচ্ছামীষ্টং গুর্ব্বর্থমুপহর্ত্তুমিতি।

তেনৈবমুক্ত উপাধ্যায়ঃ প্রত্যুবাচ, 'বৎস! উতঙ্ক! উষ্যতাং তাবৎ, ইতি ॥৯৬॥

স কদাচিদুপাধ্যায়মাহোতঙ্কঃ, 'আজ্ঞাপয়তু ভবান্ কিন্তে প্রিয়মুপহরামি গুর্ব্বর্থমিতি ॥৯৭॥

তমুপাধ্যায়ঃ প্রত্যুবাচ, 'বৎস! উতঙ্ক! বহুশো মাং চোদয়সি গুর্ব্বর্থমুপহরামীতি।

তদ্গচ্ছৈনাং প্রবিশ্যোপাধ্যায়ানীং পৃচ্ছ, কিমুপহরামীতি। এষা যদ্ব্রবীতি, তদুপহরস্ব' ইতি ॥ ৯৮ ॥

স এবমুক্ত উপাধ্যায়েনোপাধ্যায়ানীমপৃচ্ছৎ, 'ভগবতি! উপাধ্যায়েনাস্ম্যনুজ্ঞাতো গৃহং গন্তুম্, ইচ্ছামীষ্টং তে গুর্ব্বর্থমুপহৃত্যানৃণো গন্তুম্, তদাজ্ঞাপয়তু ভবতী কিমুপহরামি গুর্ব্বর্থম্' ইতি ॥ ৯৯ ॥

---

নুপীশিংগী ৱা অসি তাবদা উতঙ্কনা হায়রকই- "নুপীশিংগী মৱা লৌহনা ঐনা করিগুম্বা নত্তবা কর্ম্ম অমত্ত তৌরোই। নত্তবা কর্ম্ম ফাউবা ঐগী ইছুৎশিন্দুনা তৌরম্মু হায়বসি গুরুদেবনা ঐঙোন্দা তাকপিবমদে ॥৯১॥ মতম খরগী মতুংদা উতঙ্কগী গুরু বেদ কৌবা পণ্ডিত অসি যুমদা হল্লকলে মানা উতঙ্কগী মচিন্দগী ৱা পুমনমক অসি তাবদা থোইদোক্না পেল্লে ॥৯২॥ উতঙ্কগী মফমদা হায়রবই—"ইবুংঙো উতঙ্ক! নংগী পেন্নবা থবক করি তৌ হায়বগে হায়যু। ধর্ম্ম কাইদনা নংনা ঐগী সেবা তৌরে নংগা ঐগা অমগা অমগা নুংশিনরে মরম অহুনা ঐনা নঙোন্দা য়াথং পিরবসিনি নংনা নিংবা থুংলগনি চৎপা য়ারগনি" ॥৯৩॥ ওঝানা অসুম হায়বিববদা উতঙ্কনা হায়বকই "ননাই ঐবু গুরুদেবগীদমক করি তৌজরম্মু হায়বগে। মুনিশিংনা অসুম হায়নৈ হায় মাহদি—অহুগুম্বা ওঝানা চুমদনা গুরুদক্ষিণা লৌরোই হায়রবা অহুগুম্বা শিষ্য অহনা গুরুদক্ষিণা কৎলমদনা য়ুমদা চৎলোরা? অসুম হায়না গুরুদা হংবা শিষ্য, অসিগুম্বা গুরুশিষ্য অনিগী মনুংদা অমদি শোয়দনা অশিবগী থযাত্ত তাই, অমদি অতোপ্পগী মফমদা য়েক্কবা ওই ॥৯৪-৯৫॥ "মরম অহুনা য়াথং পিনবিরবদি পাম্বিবা দক্ষিণা অহু কচ্চনিংই" উতঙ্কনা অসুম হায়রবদা ওঝানা হায়রকই, "ইবুংঙো উতঙ্ক! মতম খর লৈখো কোন্না হায়রককে" ॥৯৬॥ নোংমা উতঙ্কনা ওঝাদা হায়খি—"তাকপিরো গুরুদেব ননাই ঐঙোন্দগী করম্বা পোৎশক পাম্বিবগে, দান তৌজরগে" ॥৯৭॥ ওঝানা উতঙ্কদা হায়রকই, ইবুংঙো উতঙ্ক! গুরু দক্ষিণা বথকে হায়না নংনা ঐঙোন্দা হন্না হন্না হায়রি। অহু মণ্ডাইরে ইমুংদা চংলগা ঐগী মুপীদা করি পিরম্মুগে হায়না হংলু। মানা পিরম্মু হায়বা অহুদা পিরম্মু ॥৯৮॥ ওঝানা অসুম হায়বদা উতঙ্কনা ইমুংদা চংখিদুনা ওঝাগী পত্নীদা হংজুরে—"ইমা! য়ুমদা চৎপগী য়াথং গুরুদেবনা ঐঙোন্দা পিবিরে, অহনা পাম্বিবা দক্ষিণা কৎচরয়গা ইমাখোয়গী লম্মন তোল্লমদনা য়ুমদা চৎচনিংই।

সৈবমুক্তা উপাধ্যায়ানী তমুতঙ্কং প্রত্যুবাচ—গচ্চ পৌষ্যং প্রতি রাজানম্, কুণ্ডলে ভিক্ষিতুং তস্য ক্ষত্রিয়য়া পিনদ্ধে ॥ ১০০ ॥

তে আনয়স্ব, ইতশ্চতুর্থেঽহনি পুণ্যকং ভবিতা, তাভ্যামাবদ্ধাভ্যাং শোভমানা ব্রাহ্মণান্ পরিবেষ্টুমিচ্ছামি।

তৎ সম্পাদয়স্ব। এবং হি কুর্বতঃ শ্রেয়ো ভবিতা, অন্যথা কুতঃ শ্রেয় ইতি ॥১০১॥

স এবমুক্তস্তয়োপাধ্যায়ান্যা প্রাতিষ্ঠতোতঙ্কঃ। স পথি গচ্ছন্নপশ্যদৃষভমতিপ্রমাণম্, তমধিরূঢ়ঞ্চ পুরুষমতিপ্রমাণমেব ॥১০২॥

স পুরুষ উতঙ্কমভাষত ভো উতঙ্ক! এতৎ পুরীষমস্য ঋষভস্য ভক্ষয় ইতি। স এবমুক্তো নৈচ্ছৎ ॥১০৩॥

তমাহ পুরুষো ভূয়ঃ, ভক্ষয়স্বোতঙ্ক! মা বিচারয়, উপাধ্যায়েনাপি তে ভক্ষিতং পূর্ব্বম্, ইতি ॥১০৪॥

স এবমুক্তো বাঢ়মিত্যুক্ত্বা তদা তদৃষভস্য মূত্রং পুরীষঞ্চ ভক্ষয়িত্বোতঙ্কঃ সম্ভ্রমাদুত্থিত এবাপস্পৃশ্য প্রতস্থে

যত্র স ক্ষত্রিয়ঃ পৌষ্যঃ ॥১০৫॥

তমুপেত্যাসীনমপশ্যদুতঙ্কঃ। স উতঙ্কস্তমুপেত্যাশীর্ভিরভিনন্দ্যোবাচ, অর্থী ভবন্তমুপাগতোঽস্মি, ইতি ॥১০৬॥

স এনমভিবাদ্যোবাচ—ভগবন্! পৌষ্যঃ খল্বহং কিং করবাণি, ইতি ॥১০৭॥

স তমুবাচ গুর্ব্বর্থে কুণ্ডলয়োরর্থেনাভ্যাগতোঽস্মি। যে বৈ তে ক্ষত্রিয়য়া পিনদ্ধে কুণ্ডলে, তে চ ভবান্ দাতুমর্হতি, ইতি ॥১০৮॥

---

অদুনা তাকপিয়ু করি কচ্চরম্ম্ হায়বগে।॥৯৯॥ উতঙ্কনা অসুম হায়রবদা গুরুপত্নীনা হায়— পৌষ্য নিংথৌগী ক্ষত্রিয় নিংঙোল মহাবাণীগী মনাকোংদা কুণ্ডলনাইন্ অনি যাল্লিবনি, মাহ্র পৌষ্য নিংথৌগী মফমদা চত্তুনা নিকচো ॥১০০। কুণ্ডল অনি অদু শোয়দনা পুরবউ। ওসিদগী মরিনিশুবা মুমিত্তা পুণ্যব্রত অমা তৌগনি। নাইন্ অনিদু যান্দুনা ব্রাহ্মণশিংদা অচাথক যেন্দুনা পীজগনি। এনা নীং-লিবসে থুংহল্লু। মাহ্র তৌবরদি নংগী মঙ্গল ওইগনি। নত্তবদি নংগী মঙ্গল করম ওইগনি হায়য়ু ॥১০১॥ ওঝাগী মপীনা অসুম য়াথং পীবরদা উতঙ্ক অসি চৎখ্রে। উতঙ্কনা লম্বীদা অসুম চৎলিঙৈদো চাওরবা যণ লারা অমগী মথক্তা তোংদুনা চৎলম্বা চাওবা নিপা অমা উরম্মি ॥১০২॥

নিপা অদুনা উতঙ্কদা হায়খি:—"উতঙ্ক যণ লারসিগী মখি অসি নং চাও। অসুম হায়বা তারবদা উতঙ্কনা মাহ্র যানিংদে" ।১০৩॥ অমুক নিপা অদুনা উতঙ্কদা হায়:— উতঙ্ক মখি অসি চাওনে। থক চিংনগনু! নংগী গুরুনসু মাসি চাখিরবনি।১০৪॥ নিপা অদুনা অদুম্মা হন্না হায়রবদা "এ শোয়দনা চাগে" হায়দুনা যণ অদুগী মখি শণয়ুং পুম্নমক উতঙ্কনা চারে, থুনা য়াংনা লেপ্প লেপ্প মচীন তেংদুনা নিংথৌ পৌষ্যগী মফম তান্না চৎখি।১০৫॥ উতঙ্কনা চৎখিবদা নিংথৌ অদু সিংহাসন মথক্তা ফমদুনা লৈরদু উরে। চংশিনখিদুনা নিংথৌদা আশীর্ব্বাদ তৌখি অদুগা হায়রকই:—"এ মহারাজদা করিগুম্বা অমত্তং নিগে হায়দুনা লাকচরি।" নিংথৌন হায়:—"করি কচ্চৌ হায়বগে ব্রাহ্মণ! তাকপিয়ু।" ॥১০৬—১০৭॥ উতঙ্কনা নিংথৌদা হায়রকই:—গুরু দক্ষিণা কৎননব কুণ্ডল অনি নিগে লাকচরি।

তং প্রত্যুবাচ পৌষ্যঃ, প্রবিশ্যান্তঃপুরং ক্ষত্রিয়া যাচ্যতাম্ ইতি। স তেনৈবমুক্তঃ প্রবিশ্যান্তঃপুরং ক্ষত্রিয়াং নাপশ্যৎ ॥১০৯॥

স পৌষ্যং পুনরুবাচ— ন যুক্তং ভবতাহমনৃতেনাপচরিতুম্। ন হি তেহন্তঃপুরে ক্ষত্রিয়া সন্নিহিতা, নৈনাং পশ্যামি ॥১১০॥

স এবমুক্তঃ পৌষ্যঃ ক্ষণমাত্রং বিমৃশ্যোত্তঙ্কং প্রত্যুবাচ নিয়তং ভবানুচ্ছিষ্টঃ, স্মর তাবৎ, ন হি সা ক্ষত্রিয়া উচ্ছিষ্টেনাশুচিনা শক্যা দ্রষ্টুং পতিব্রতাত্বাৎ। নৈষা নাশুচের্দর্শনমুপৈতি ইতি ॥১১১॥

অথৈবমুক্ত উত্তঙ্কঃ স্মৃত্বোবাচ, 'অস্তি খলু ময়োত্থিতেনোপস্পৃষ্টং শীঘ্রং গচ্ছতা চ" ইতি ॥ ১১২ ॥

তং পৌষ্যঃ প্রত্যুবাচ, 'এষ তে ব্যতিক্রমো নোত্থিতেনোপস্পৃষ্টং ভবতি শীঘ্রং গচ্ছতা চ' ইতি ॥১১৩॥

অথোত্তঙ্কস্তং তথেত্যুক্ত্বা প্রাঙ্মুখ উপবিশ্য সুপ্রক্ষালিত-পাণি-পাদবদনো নিঃশব্দাভিরফেনাভিরনুষ্ণাভিহৃদ্গতাভিরদ্ভিস্ত্রিঃ পীত্বা দ্বিঃ পরিমৃজ্য খান্যদ্ভিরুপস্পৃশ্য চান্তঃপুরং প্রবিবেশ, ততস্তাং ক্ষত্রিয়ামপশ্যৎ ॥১১৪॥

সা চ তং দৃষ্ট্বৈবোত্তঙ্কং প্রত্যুত্থায়াভিবাদ্যোবাচ, 'স্বাগতং তে, ভগবন্! আজ্ঞাপয়, কিং করবাণি' ইতি ॥১১৫॥

স তামুবাচ, "এতে কুণ্ডলে গুর্ব্বর্থং মে ভিক্ষিতে দাতুমর্হসি" ইতি ॥১১৬॥

সা প্রীতা তেন তস্য সদ্ভাবেন পাত্রময়মনতিক্রমণীয়শ্চেতি মত্বা তে কুণ্ডলে অবমুচ্যাস্মৈ প্রাযচ্ছৎ, আহ চৈনম্, "এতে কুণ্ডলে তক্ষকো নাগরাজঃ সুভৃশং প্রার্থয়তি, অপ্রমত্তো নেতুমর্হসি, ইতি ॥১১৭॥

---

মহারাণীনা যাল্লিবা কুণ্ডল নাইন অদো ঐঙোন্দা দান তৌবিয়ু ॥ ১০৮ ॥ নিংথৌ পৌষ্যনা উতঙ্কদা হায়ঃ— "অন্তঃপুর মনুংদা চংদুনা মহারাণী মশাদগী নিরু।" নিংথৌনা অসুম হায়রবদা উতঙ্কনা অন্তঃপুর মনুংদা চংখিবদদি মহারাণীবু উবা ফংখিদ্রে ॥১০৯॥ উতঙ্কনা নিংথৌগী মফমদা অমুক চংশিন্দুনা হায়খি:— "মহারাজ। ব্রাহ্মণ ঐঙোন্দা মীনল্লিবা চুমদে। অন্তঃপুর মনুংদা মহারাণী লৈতে উনবা ফংদে ॥"১১০॥ উতঙ্কনা অসুম হায়রবদা পৌষ্য নিংথৌনা ওহাক্তুং খন্থনা য়েংলগা হায়রকই:—"অমাংবা লুথাক শরুক শরদং ব্রাহ্মণ নঙোন্দা যাওবে। নীংশিংবিয়ু। অমাংবা লুথাক খবদং যাওবহনা মহারাণীবু উনবা ফংদবনি। শেংদবা মীনা মহারাণীবু উনবা ফংলোই। মপুরোইবা নীংবা সতীনা থম্মোই-হকচাংদা মাংবা মীবু উহনদে অমদি ব্রা ভাংনদে।১১১॥ নিংথৌনা অসুম হায়রবদা উতঙ্কনা ওহাক বিচার তৌহনা য়েংলগা হায়রকই। "ওঃ, চুম্মি চুম্মি। ঐনা থুনা য়াংনা লাকপা মতমদা লেপ্ন লেপ্ন আচমন তৌরকই।"॥১১২॥ পৌষ্যনা উতঙ্কদা হায়রকই:—"চুম্মি, অমগুম্বা অরানবা অম ব্রাহ্মণদা লৈরে। মরমদি চৎনা চৎনা নত্রগা লেপ্ন লেপ্ন আচমন তৌবদি আচমন ইতৌ তৌদবগা অম্মানি!" ॥১১৩॥ 'চুম্মি" অসুম হায়রনা মমায় নোংপোক ওন্দুনা ফম্লগা, খুৎ অনি, খোং অনি হামদোক্লগা, মায় তাথোক্লগা, তুমিন্ন ব্রা ভাংদনা কোঙ্গোন কাদবা, খোইনা শাদবা, চনিং যৌনা চংগদবা, ইশিং থরদং অহুম্লক আচমন তৌরগা উতঙ্কনা অন্তঃপুর মনুংদা চংখ্রে মহারাণীবু উরে ॥ ১১৪ ॥ মহারাণীনা উতঙ্কবু উবদা হোৎগত্তুনা খুরুম্মি অহগা হায়রকই— "লেংশিনবিরকউ ব্রাহ্মণ! করি তাকপিগদবা লৈবগে তাকপীয়ু।" ॥১১৫॥ উতঙ্কনা মহারাণীদা হায়রকই গুরু দক্ষিণাগীদমক্তা মহারাণীগী কুণ্ডল নাইন অনিদু লৌগে লাকচরি ঐঙোন্দা দান তৌবিয়ু ॥১১৬॥ মহারাণীনা উতঙ্কগী মপুকচেল শেংবা অহ উবদা য়াম্না পেল্লে, অদুগা দান

স এবমুক্তস্তাং ক্ষত্রিয়াং প্রত্যুবাচ, "ভবতি! সুনির্বৃতা ভব, ন মাং শক্তস্তক্ষকো নাগরাজো ধর্ষয়িতুম্ ইতি ॥১১৮॥

স এবমুক্ত্বা তাং ক্ষত্রিয়ামামন্ত্র্য পৌষ্যসকাশমাগচ্ছৎ আহ চৈনম্—"ভো পৌষ্য! প্রীতোঽস্মি" ইতি ॥১১৯॥

তমুত্তঙ্কং পৌষ্যঃ প্রত্যুবাচ, 'ভগবন্! চিরেণ পাত্রমাসাদ্যতে, ভবাংশ্চ গুণবানতিথিঃ, তদিচ্ছে শ্রাদ্ধং কর্ত্তুম্, ক্রিয়তাং ক্ষণঃ' ইতি ॥১২০॥

তমুত্তঙ্কঃ প্রত্যুবাচ—'কৃতক্ষণ এবাস্মি, শীঘ্রমিচ্ছামি যথোপপন্নমুপস্কৃতমন্নং ভবতা' ॥১২১॥

স তথেত্যুক্ত্বা যথোপপন্নেনান্নেনৈনং ভোজয়ামাস ॥১২২॥

অথোত্তঙ্কঃ সকেশং শীতমন্নং দৃষ্ট্বা অশুচ্যেতদিতি মত্বা তং পৌষ্যমুবাচ, 'যস্মান্মে অশুচ্যন্নং দদাসি, তস্মাদন্ধো ভবিষ্যসি' ইতি ॥১২৩॥

তং পৌষ্যঃ প্রত্যুবাচ, 'যস্মাৎ ত্বমপ্যদুষ্টমন্নং দূষয়সি, তস্মাত্ত্বমনপত্যো ভবিষ্যসি' ইতি ॥১২৪॥

তমুত্তঙ্কঃ প্রত্যুবাচ, 'ন যুক্তং ভবতান্নমশুচি দত্ত্বা প্রতিশাপং দাতুম্, তস্মাদন্নমেব প্রত্যক্ষীকুরুষ্ব' ॥১২৫॥

ততঃ পৌষ্যস্তদন্নমশুচি দৃষ্ট্বা তস্যাশুচিভাবমপশ্যয়ামাস ॥১২৬॥

অথ তদন্নং মুক্তকেশ্যা স্ত্রিয়াপহৃতমনুষ্ণং সকেশঞ্চাশুচি ভবেদিতি মত্বা তমৃষিমুত্তঙ্কং প্রসাদয়ামাস ॥১২৭॥

---

লৌবদা মতিকচাবা ব্রাহ্মণনি, মাবু দান ফংহন্দনা হলহনখিবা চুমদে হায়বসি খল্লহনা কুণ্ডল নাইন অনি অহ উতঙ্কদা দান তৌবে অদুগা হাযরকই— লিল নিংথৌ তক্ষকনা ঐগী কুণ্ডল অনি অসি য়াম্ন পামনা নিবস্থনি, অদুনা মসি চেকশিন্ন পুদুনা চৎলু ॥ ১১৭ ॥ মহারাণীনা অসুম্না হাযরবদা উতঙ্কনা হায— লাইবেনবী! মাদুগী মবমদা খক চিংনবিগনু লিল নিংথৌ তক্ষকনা ঐবু মাইথিবা পিবা ঙম্রোই ॥ ১১৮॥ উতঙ্কনা অসুম হাযরম্লগা মহারাণীদগী বিদায় লৌদুনা পৌষ্য নিংথৌগী মফমদা চংলক্লুনা হাযরম্মি মহারাজ! ঐ য়াম্না পেল্লে ॥১১৯॥ পৌষ্য নিংথৌনা উতঙ্কদা হায়বমই— ব্রাহ্মণ! অসুক কুইরবা মতুংদা দান তৌবগী মতিক চাবা পাত্র ফংজবে, নংদি গুণ চেন্নবা অতিথিনি, অদুনা ঐ পূজা অমত্তা তৌজখিগে অমুক্ত ঙাযবিখো ॥১২০॥

উতঙ্কনা পৌষ্যনিংথৌদা হাযবকই "ঐ খব থুনা চৎচবা তারে মহারাজ! শংগাইদা হৌজিক থরদং লৈরিবদুনা হেক্ক লাংবিযু, মাদুদা ঐনা পামজে" ॥১২১॥ ফনী ব্রাহ্মণ, অসুম হায়দুনা পৌষ্যনিংথৌনা ইমুং চংখিদুনা লৈবম্বা চেং হন্বাই থবনা থোং থাকতুনা লোইরমলবদু পিজগে হায়না তৌরক্লে ॥১২২॥ চাক অদু খর ইংলমলে, শম অমসু চাক অদদা তাদুনা লৈবম্বা উরে, শেংদ্রবা চাব য়াদ্রবা চাক্কি হায়বসি খল্লদুনা প্রৌষ্যনিংথৌদা হাযরকই—মহারাজনা ঐগোন্দা শেংদবা চাকপু চাউ হায়দুনা পীরি অদুনা মহারাজ, মিংতাংবা তারে ॥১২৩॥ পৌষ্যনা উতঙ্কদা হাযরকই—ব্রাহ্মণনু দোষ লৈতবা চাকপু দোষ লৈ হায়রবনিনা নির্বংশ ওইবা তাবে ॥১২৪॥ মতম অদুদা উতঙ্কনা পৌষ্যদা অমুক হায়রকই শেংদবা পোং ঐঙোন্দা পীজরগা মহারাজনা ঐঙোন্দা শাপ তৌবা চুমদে। থাজাবিদ্রগা য়েংবিযু চাক অসি ॥১২৫॥

অদগী মতুংদা পৌষ্যনা চংদুনা যেংবদা চাক অদু শেংদবনি হায়বা শংলদুনা করম হায়না মাংজিবনো থবক ॥১২৬॥ কনাগুম্বী সুপী অমনা মশম থাদোক্লুনা চাক অসি পুরক্লম্বা তাই। অদুনা মাগী

'ভগবন্! এতদজ্ঞানাদন্নং সকেশমুপাহৃতং শীতঞ্চ, তৎ ক্ষাময়ে ভবন্তং ন ভবেয়মন্ধঃ' ইতি ॥১২৮॥

তমুতঙ্কঃ প্রত্যুবাচ, ন মৃষা ব্রবীমি, ভূত্বা ত্বমন্ধো ন চিরাদনন্ধো ভবিষ্যসি' ইতি। 'মমাপি শাপো ভবতা দত্তো ন ভবেৎ' ইতি ॥১২৯॥

তং পৌষ্যঃ প্রত্যুবাচ, ন চাহং শক্তঃ শাপং প্রত্যাদাতুম্, নহি মে মন্যুরদ্যাপ্যুপশমং গচ্ছতি। কিঞ্চৈতত্ত্বয়া ন জ্ঞায়তে? যথা—॥১৩০॥

নবনীতং হৃদয়ং ব্রাহ্মণস্য বাচি ক্ষুরো নিহিতস্তীক্ষ্ণধারঃ।

তদুভয়মেতদ্বিপরীতং ক্ষত্রিয়স্য বাঙ্‌নবনীতং হৃদয়ং তীক্ষ্ণধারম্ ইতি ॥ ১৩১ ॥

তদেবং গতে ন শক্তোঽহং তীক্ষ্ণহৃদয়ত্বাত্তং শাপমন্যথা কর্ত্তুম্, গম্যতাম্" ইতি ॥১৩২॥

তমুতঙ্কঃ প্রত্যুবাচ, 'ভবতাহমন্নস্যাশুচিভাবমালক্ষ্য প্রত্যনুনীতঃ, প্রাক্ চ তেঽভিহিতম্, যস্মাদদুষ্টমন্নং দূষয়সি তস্মাদনপত্যো ভবিষ্যসীতি। দুষ্টে চান্নে নৈষ মম শাপো ভবিষ্যতি' ইতি। সাধয়ামস্তাবদিত্যুক্ত্বা প্রাতিষ্ঠতোতঙ্কস্তে কুণ্ডলে গৃহীত্বা ॥১৩৩॥

সোঽপশ্যদথ পথি নগ্নং ক্ষপণকমাগচ্ছন্তং মুহুর্মুহুর্দৃশ্যমানমদৃশ্যমানঞ্চ ॥১৩৪॥

অথোতঙ্কস্তে কুণ্ডলে সংন্যস্য ভূমাবুদকার্থং প্রচক্রমে ॥ ১৩৫ ॥

---

মশম অমা তাদুনা চাক অসি মাংলিবনি অসুম হায়না খল্লতুনা পৌষ্য নিংথৌনা উতঙ্কদা শাউদনবা হায়বকই ॥ ১২৭ ॥ গুণ চেল্লবা ব্রাহ্মণ। খংজদদুনা শম তাববা ঈংলবা চাক অসি পুরক্লুরমালে, অদুনা ঐবু ভাকপিয়ু—ঐবু মিৎ তাংহলবিগনু ॥১২৮॥ উতঙ্কনা পৌষ্য নিংথৌদা হায়রকই—ঐনা হায়খিবা ব্রা অরেম্ব খক ওইরোই অদুনা অমুক্তুংদদি মিৎ তাংব তাবে মতুংদা অমুক উগনি। ঐগী ইফমদা মহারাজনা তৌখিবা শাপ অদুদি থুংলোইদনকো? ॥১২৯॥ পৌষ্যনা উতঙ্কদা হায়রকই—ইশানা তৌখিবা শাপ অমুক হন্দোকপগী শক্তি ঐঙোন্দা লৈতে। মরমদি হৌজিক ফাউবা ঐগী অশাউবা কোক্লি। ব্রাহ্মণবু খংবিদ্রব্রা? মাদুদি— ॥১৩০॥

ব্রাহ্মণগী থমোই হায়বসি ঘী-মাখনগী মতৌগুম্বা খুদক্তা পেৎলি অদুগা ৱাহৈদদি থৌববা থাংগী ময়াগুম থৌই। অদুগা ক্ষত্রিয়গীদি অনি অসি মথক মখা ওন্নৈ হায়বদি ক্ষত্রিয়গী ৱাঙাংদি নর্নাগী মতৌগুম্বা খুদক্তা পেৎলি অদুগা থমোইনা থৌরবা থাংগী ময়াগুম্মী ॥১৩১॥ মরম অদুনা অসিগুম্বা নিয়ম অমা লৈ হায়দুনা ঐগী থমোইনা অমক য়ামনা কনখ্রবনি অদুগা ঐগী শাপপু মাংহনবা ঙমদ্রে, লেংখিরো ব্রাহ্মণ ॥১৩২॥ উতঙ্কনা পৌষ্য নিংথৌদা হায়রকই— চাক অসি শেংদবনি হায়বসি খংলক্লদুনা মহারাজনা ঐঙোন্দা হায়রিবা নত্রদো। অদুগা মহারাজনসু অহানবদা দোষ লৈতবা চাক্তা দোষ তৌরে অদুনা নির্ব্বংশ ওইয়ু হায়দুনা ঐঙোন্দা শাপ তৌরে। থাঙ্গৈশেংনা থল্লুরবদি চাক অসিনা দোষ লৈয়মবনিনা ঐঙোন্দা তৌরিবা শাপ অদু মহৈ য়ারোই। অসুম হায়রমদুনা উতঙ্কনা কুণ্ডল অদু পুদুনা চংখ্রে ॥১৩৩॥ অসুম চংখিবদা উতঙ্কনা লম্বিদা, মফি মরোন য়াওদবা বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা সন্ন্যাসী অমা লাকপা উই, অমুকসু উই, অমুকসু উদে ॥১৩৪॥ মতম অদুদা উতঙ্কনা কুণ্ডল অনি

এতস্মিন্নন্তরে স ক্ষপণকস্তরমাণ উপসৃত্য তে কুণ্ডলে গৃহীত্বা প্রাদ্রবৎ ॥ ১৩৬ ॥

তমুতঙ্কোঽভিসৃত্য কৃতোদককার্য্যঃ শুচিঃ প্রয়তো নমো দেবেভ্যো গুরুভ্যশ্চ কৃত্বা মহতা জবেন তমুপাম্বয়াৎ ॥ ১৩৭ ॥

তস্য তক্ষকো দৃঢ়মাসন্নঃ, স তং জগ্রাহ, গৃহীতমাত্রঃ স তদ্রূপং বিহায় তক্ষকস্বরূপং কৃত্বা সহসা ধরণ্যাং বিবৃতং মহাবিলং প্রবিবেশ। প্রবিশ্য চ নাগলোকং স্বভবনমগচ্ছৎ ॥ ১৩৮ ॥

অথোতঙ্কস্তস্যাঃ ক্ষত্রিয়ায়া বচঃ স্মৃত্বা তং তক্ষকমন্বগচ্ছৎ। স তদ্বিলং দণ্ডকাষ্ঠেন নিচখান, ন চাশকৎ ॥১৩৯॥

তং ক্লিশ্যমানমিন্দ্রোঽপশ্যৎ, স বজ্রং প্রেষয়ামাস, গচ্ছাস্য ব্রাহ্মণস্য সাহায্যং কুরুষ্ব, ইতি ॥ ১৪০ ॥

অথ বজ্রঃ দণ্ডকাষ্ঠমনুপ্রবিশ্য তদ্বিলমদারয়ৎ ॥ ১৪১ ॥

তমুতঙ্কোঽনুবিবেশ তেনৈব বিলেন, প্রবিশ্য চ তং নাগলোকমপর্য্যন্তমনেকবিধ-প্রাসাদ-হর্ম্ম্য-বলভী-নির্য্যূহ-শত-সঙ্কুলমুচ্চাবচ-ক্রীড়াশ্চর্য্য-স্থানাবকীর্ণমপশ্যৎ ॥ ১৪২ ॥

স তত্র নাগাংস্তানস্তবদেভিঃ শ্লোকৈঃ ॥ ১৪৩ ॥

য ঐরাবতরাজানঃ সর্পাঃ সমিতিশোভনাঃ। ক্ষরন্ত ইব জীমূতাঃ সবিদ্যুৎপবনেরিতাঃ ॥১৪৪॥

সুরূপা বহুরূপাশ্চ তথা কল্মাষকুণ্ডলাঃ। আদিত্যবন্নাকপৃষ্ঠে রেজুরৈরাবতোদ্ভবাঃ ॥১৪৫॥

---

অদু লৈপাক্লা থমদুনা পুকখ্রি, অমদা কুমদুনা সন্ধ্যা তর্পন তৌগে হোৎনরমই ॥১৩৫॥ তাঙ্গা অসিদা বৌদ্ধ সন্ন্যাসী অদুনা থুনা য়াংনা চেনশিল্লক্তুনা কুণ্ডল অনি অদু পুদুনা চেনখ্রে ॥১৩৬॥ উতঙ্কনা স্নান অমদি সন্ধ্যাবন্দনানচিংবা তৌবগা, দেবতা অমদি গুরুনাচিংববু খুরুম্বা লোইবগা সন্ন্যাসী অদুবু য়েংল য়েংলদুনা কন্না তান্নরকলে ॥১৩৭॥

সন্ন্যাসীগী মশক লৌরবা তক্ষক অদুগা উতঙ্কগা যান্না নক্লরকলে, উতঙ্কনা মাবু ফাবে, হেক ফাবদা তক্ষক অদু সন্ন্যাসগী মশক থাদোক্তুনা লৈমাযথক্তা লিলগী মশক লৌদুনা লৈরে, অদুদগী ল্‌ববা লৈক্রক অমদা চংখ্রে, অসুম চংখিদুনা পাতাল যৌখিদুনা মযুমদা যৌখ্রে ॥ ১৩৮ ॥ অদুদগী মতুংদা মহারাণীনা হায়রকপা ৱা অদু নিংশিংলক্তুনা তক্ষকনি হাযবা খংলে, অদুগী মতুংদা লৈখুল অদু লাউথোকহলগে হাযদুনা চৈশুনা থিঙ্গাযদুনা হোৎনববু ঙমদ্রে ॥১৩৯॥ উতঙ্ক যান্না ৱারে হাযবসি ইন্দ্রনা উরে বজ্রবু পাযখৎতুনা হাযরকই— চৎলো বজ্র ' হৌজিক মক ব্রাহ্মণগী মতেং পাংলু ॥১৪০॥ অদুগী মতুংদা বজ্রনা চৎখিদুনা উতঙ্কগী চৈশু অদুগী মচিনদা নপ্লুনা লৈখুল অদু লাউথোকহল্লে ॥১৪১॥ উতঙ্কনা তক্ষকপু থিগে হাযদুনা বজ্রনা তৌবা লম্বীদা চংখিদুনা পাতাল য়ৌখ্রে, চংশিলদুনা য়েংববু নাগ লোককী ঙমখৈ লৈতে, মখল মখা অযাম্বা লাইশং যজ ফজরবা নিংথৌগী য়ুম ময়াম, ইনাকখুনবগী য়ুমমপৈ, অচৌ অচৌবা লনগৈ, অদুগা ৱাং চাউরবা চেকপলগী পরেং পরেং লৈরমই; অদুগা মখল মখা অয়াম্বা শানফম, মল্‌শং, ॥১৪২॥ মফম অদুদা উতঙ্কনা শ্লোকাথর্লীদনা লিল ময়ামগী স্তুতি তৌরমই ॥১৪৩॥ ঐরাবত কৌবা লিলনা নিংথৌ ওইবা ঙমখৈ লৈতবা ফজরবা লিল-প্রজা ময়াম্না নিংথিনা পাল্লিবা অমদি নোংথাংনা লৈতেংবা, সুংশিংনা হাইদোরকপা ঈশিংনা থম্না মুম্রবা নোংগী মপৈশুম নিংথিজরিবা লিলমক্তনা থম্না লৈরিবনি ॥১৪৪॥ মশাক মতৌ ফজরবা মখল মখা অয়াম্বা শকলোন পুবা ওইবা, ঐরাবতগী বংশদা পোক্লবা, তোঙাল তোঙালবা, মঙুংদা ফিজেৎ লৈতেং-

বহূনি নাগবেশ্মানি গঙ্গায়াস্তীর উত্তরে। তত্রস্থানপিশং সৌমি মহতঃ পন্নগানহম্ ॥ ১৪৬ ॥

ইচ্ছেৎ কোঽর্কাংশুসেনায়াং চর্ত্তুমৈরাবতং বিনা। শতান্যশীতিরষ্টৌ চ সহস্রাণি চ বিংশতিঃ।

সর্পাণাং প্রগ্রহা যান্তি ধৃতরাষ্ট্রো যদেজতি ॥ ১৪৭ ॥

যে চৈনমুপসর্পন্তি যে চ দূরপথং গতাঃ। অহমৈরাবতজ্যেষ্ঠ-ভ্রাতৃভ্যোঽকরবং নমঃ ॥ ১৪৮ ॥

যস্য বাসঃ কুরুক্ষেত্রে খাণ্ডবে চাভবৎ পুরা। তং নাগরাজমস্তৌষং কুণ্ডলার্থায় তক্ষকম্ ॥১৪৯॥

তক্ষকশ্চাশ্বসেনশ্চ নিত্যং সহচরাবুভৌ। কুরুক্ষেত্রে ন্যবসতাং নদীমিক্ষুমতীমনু ॥১৫০॥

জঘন্যজস্তক্ষকস্য শ্রুতসেনেতি যঃ শ্রুতঃ। অবসদ্‌যো মহদ্যুম্নি প্রার্থয়ন্নাগমুখ্যতাম্।

করবাণি সদা চাহং নমস্তস্মৈ মহাত্মনে ॥১৫১॥

সৌতিরুবাচ।

এবং স্তুত্বা স বিপ্রর্ষিরুত্তঙ্কো ভুজগোত্তমান্। নৈব তে কুণ্ডলে লেভে ততশ্চিন্তামুপেয়িবান্ ॥১৫২॥

এবং স্তুবন্নপি নাগান্ যদা তে কুণ্ডলে নালভৎ, তদাপশ্যৎ স্ত্রিয়ৌ তন্ত্রে অধিরোপ্য তন্ত্রে পটং বয়ন্ত্যৌ ॥১৫৩॥

তস্মিংস্তন্ত্রে কৃষ্ণাঃ সিতাশ্চ তন্তবঃ, চক্রঞ্চাপশ্যৎ দ্বাদশারং ষড়্‌ভিঃ কুমারৈঃ পরিবর্ত্ত্যমানম্, পুরুষঞ্চাপশ্যদশ্বঞ্চ দর্শনীয়ম্ ॥১৫৪॥

---

দ্‌না ফৈদি কোন্দুনা লৈবিবা লিলশিংনা স্বর্গগী দেবতাংশুম নিংথিজরি, অসিগুম্বা লিলশিংগী স্তুতি ঐনা তৌজবি ॥১৪৫॥ গঙ্গাগী অৱাংথংবা তোর্ববান্দা নাগ ভবন কয়া লৈবি মফম অদুদা হেক লৈবিবা লিল পুম্নমক্কুসু ঐনা স্তুতি তৌজরি ॥১৪৬॥ লিলনিংথৌ ঐরাবত নত্তনা কবম্বা অতোপ্পা লিল অমনা সুমিৎকী মশেককুম ঙাল্লবা সিলতগী লাম্মিনা থল্লবা মফম অসিদা চ নিংগদগে অমদি চংবা শুমগদগে ? অদুগা লান চংবা মতমদা লিলনিংথৌ ধৃতরাষ্ট্র কৌবনা কয়াদা ফজবিবা, লিল লিশিংকুন চানিপাল মরিফুনা থৌ- রিগী মশক ওইনা মহাক্কী রথগী শগোলশিংগী চুপলি ওইদুনা যেৎলি ॥১৪৭॥

ধৃতরাষ্ট্র কৌবা লিল নিংথৌগী মনাক্তা লৈবিবা লিল পুম্নমক্তা অমদি নিংথৌগী থবক্তা অবাপ্পদা চৎখিৱবা লিল পুম্নমক্তা অমদি ঐরাবত কৌবা লিল নিংথৌগী মযাম্বুংশিং পুমনমক্কুসু ঐনা খুকমজরি। ১৪৮॥ মমাংঙৈদা কুরুক্ষেত্রদা অমদি খাণ্ডব বনদা লৈবম্বা অদুগুম্বা লিল নিংথৌ তক্ষকগী মফমদসু কুণ্ডল নাইন অনি অহ্ন কংজগে হায়বগীদমক স্তুতি তৌজরি ॥১৪৯॥ হায়রিবা তক্ষক অমদি অশ্ব- সেন কৌব লিল অনিনা মতমলৈবা খিবিক্তা চৎমিন কোয়মিন্নতুনা কুরুক্ষেত্রগী ইক্ষুমতী কৌবা তুরেনগী মপান্দা লৈমিন্নরিবনি ॥১৫০॥ তক্ষকগী মনাওনিপা শ্রুতসেন কৌবা মমিং চৎলবা অমদি মহাক্না সূর্য্যদেবগী মফমদা লিল পুম্নমক্কী লুচিংবা ওইজগে হায়জরুবদগী লুচিংবা ওইহনা কুরুক্ষেত্রদা লৈরিবা অদুগুম্বা পুকচেল চাউরবা অদুদসু ঐনা হন্না হন্না খুরুমজরি ॥১৫১॥ সৌতিনা হায়খি— মতৌ অম্না উত্তঙ্কনা অথোইব অথোইবা লিল পুম্নমক্কী মশক মমিং পান্না স্তুতি তৌরবা ফাউবদা কুণ্ডল অনি অম্ন ফংখিদ্রে মতম অদুদা মপুক্লিংদা মিপাইবা অমা পোকখ্রে ॥ ১৫২ ॥ মতৌ অসুম্না লিলশিংগী স্তুতি তৌরবসু কুণ্ডল ফংদ্রবা কাল অদুদা—মূপী অনিনা য়োংথমদা ফমহনা ফজরবা চৈ অনি পায়হনা ফি শাহনা লৈবা অদু উদ্রে ॥১৫৩॥ য়োংথম অদুদা অমুবা লং কয়ানা অদুগা অঙৌবা

স তান্ সর্বাংস্তুষ্টাব এভির্মন্ত্রবাদশ্লোকৈঃ ॥ ১৫৫ ॥

ত্রীণ্যর্পিতান্যত্র শতানি মধ্যে ষষ্টিশ্চ নিত্যং চরতি ধ্রুবেঽস্মিন্। চক্রে চতুর্বিংশতিপর্বযোগে ষড়্ বৈ কুমারাঃ পরিবর্তয়ন্তি ॥১৫৬॥

তন্ত্রঞ্চেদং বিশ্বরূপে যুবত্যৌ বয়তস্তন্তূন্ সততং বর্তয়ন্ত্যৌ। কৃষ্ণান্ সিতাংশ্চৈব বিবর্তয়ন্ত্যৌ ভূতান্যজস্রং ভুবনানি চৈব ॥ ১৫৭ ॥

বজ্রস্য ভর্তা ভুবনস্য গোপ্তা বৃত্রস্য হন্তা নমুচের্নিহন্তা। কৃষ্ণে বসানো বসনে মহাত্মা সত্যানৃতে যো বিবিনক্তি লোকে ॥১৫৮॥

যো বাজিনং গর্ভমপাং পুরাণং বৈশ্বানরং বাহনমভ্যুপৈতি। নমোঽস্তু তস্মৈ জগদীশ্বরায় লোকত্রয়েশায় পুরন্দরায় ॥ ১৫৯ ॥ ( যুগ্মকম্ )

ততঃ স এনং পুরুষঃ প্রাহ—'প্রীতোঽস্মি তেঽহমনেন স্তোত্রেণ, কিং তে প্রিয়ং করবাণি' ইতি ॥ ১৬০ ॥

স তমুবাচ—'নাগা মে বশমীয়ুঃ' ইতি ॥ ১৬১ ॥

স চৈনং পুরুষঃ পুনরুবাচ—'এতমশ্বমপানে ধমস্ব' ইতি ॥ ১৬২ ॥

---

লং কয়ানস্থ তিংদুনা লৈরি অমুক করি উবগে হাযববু চাকা অমগী মরক্তা খোয়না খোয়না মচে তরানিথোই পান্দুনা লৈবি, অঙাং তকক্লা চাকা অত্থ লৈরি, অমুক করি উবগে হাযববু মনাক অত্থদা ফজরবা নিপা অমগা শগোল অমগা লেপ্তুনা লৈরি।১৫৪॥ উতঙ্কনা মন্ত্রগা মান্নরবা ভাষানা তিন্নবা শ্লোক কয়ানা পুন্নমক অসিগী স্তুতি তৌরকই॥ ১৫৫ ॥ চহি অমনা চক্রগী মতৌগুম লৈরি, মতম লৈবখিবক্তা কোইরৈ লৈরি, মসিমক মতম কুইনা লৈহনা অস্থম্মক লৈরগদৌবনি। মাসিদা পূর্ণিমা তরানিথোই, অমাবস্যা তরানিথোইনা মচে কুনমরিগী মশক ওইহনা লৈরি, অহিং সুংথিল চহুম হুন্দুনা চক্র অসিগী মস্থুংদা সুমিৎ খুদিংগী লৈহনা লৈরি, অঙাং তরুক্কী মশক লৌদুনা চক্র অসিবু লৈহল্লি ॥১৫৬॥ ফজরবী সুপী অনি অসিনা উত্তরায়ন দক্ষিণায়ন অনি ওইদুনা লৈরি, মখোয় অনি অসিনা অঙাং তরুক অত্থবু পাখং ফাহল্লি, অমুকস্ম অহন ওইহল্লি অদুগা জগৎ পুম্ববু তোংঙান তোঙানবা ফীবমদা মশক ওলহল্লি; অদুগা 'মখোয় অসিনা চহিগী মশক ওইরবা য়োংথম অদুবু থবক্তা শিজিন্নদুনা লৈদুনা থমলি। লং অমুবা অঙৌবা মরাক ময়ুং অনিনা কৃষ্ণপক্ষ অমদি শুক্ল পক্ষ ওইদুনা মপান নাইদনা পাক চাউরবা কালগী মশক ওইরবা শাবা লোইত্রিবা ফী ওইরি ॥ ১৫৭॥ বজ্রবু পায়রিবা, জগৎপু ঙাকলিবা, বৃত্রাস্থর অমদি নমুচি কৌবা দানবপু হাৎখিবা অমদি মহাক অদুনা অমুবা ফিজোন মরোন অনি শেৎতুনা তাংবন থক্তা ফমদুনা বিচার পতি ওইদুনা, লোক সমাজদা অচুম অরানগী মহৈ পীরি। অদুগা মহাক অদুনা মমাংঙৈদগী ঈশিংঙগী থোরকপা মৈগী মশক ওইরবা শগোলবু মাগী শাদোংগুম লৌথিবা অমদি মরোন অহুমগী নিংথৌ ওইরিবা পরমেশ্বরগী মশক ওইরবা দেবরাজ ওইরবা ইন্দ্রবু ঐনা থুরুমজরি॥১৫৮-১৫৯॥

অদুগী মতুংদা লেপ্লিবা নিপা অদুনা উতঙ্কদা হায়রকই—নংনা তৌরিবা স্তুতি অসিনা ঐ পেল্লে, অদুনা নং করি পাম্বগে হায়য়ু॥১৬০॥ উতঙ্কনা নিপা অদুদা হায়রকই—লিল পুম্নমক ঐগী ইথা পোলহনবিয়ু॥ ১৬১॥ নিপা অদুনা উতঙ্কদা অমুক হায়রকই—শগোল অসিগী গুহ্যদ্বারদা

ততোঽশ্বস্তাপানমধমৎ ॥১৬৩॥

ততোঽশ্বাদ্ধম্যমানাৎ সর্ব্বস্রোতোভ্যঃ পাবকার্চ্চিষঃ সধূমা নিপেতুঃ ॥১৬৪॥

তাভির্নাগলোক উপধূপিতেঽথ সম্ভ্রান্তস্তক্ষকোঽগ্নেস্তেজোভয়াদ্বিষণ্ণঃ কুণ্ডলে গৃহীত্বা সহসা স্বভবনান্নিষ্ক্রম্যোত্তঙ্কমুবাচ—'ইমে কুণ্ডলে গৃহ্নাতু ভবান্' ইতি ॥১৬৫॥

স তে প্রতিজগ্রাহোত্তঙ্কঃ, প্রতিগৃহ্য চ কুণ্ডলে অচিন্তয়ৎ ॥১৬৬॥

'অদ্য তৎ পুণ্যকমুপাধ্যায়ান্যাঃ দূরঞ্চাহমভ্যাগতঃ, স কথং সম্ভাবয়েয়ম্' ইতি ॥১৬৭॥

তত এবং চিন্তায়ানমেব স পুরুষ উবাচ— উত্তঙ্ক ! এনমশ্বমধিরোহ, এষ ত্বাং ক্ষণেনৈবোপাধ্যায়কুলং প্রাপয়িষ্যতি' ইতি ॥১৬৮॥

স তথেত্যুক্ত্বা তমশ্বমধিরুহ্য প্রত্যাজগামোপাধ্যায়কুলম্ ॥১৬৯॥

উপাধ্যায়ানী চ স্নাতা কেশানাবাপয়ন্তী উপবিষ্টা উত্তঙ্কো নাগচ্ছতীতি শাপায়াস্য মনো দধে ॥ ১৭০॥

অথৈতস্মিন্নন্তরে স উত্তঙ্কঃ প্রবিশ্যোপাধ্যায়কুলমুপাধ্যায়ানীমভ্যবাদয়ৎ তে চাস্যৈ কুণ্ডলে প্রায়চ্ছৎ ॥১৭১॥

সা চৈনং প্রত্যুবাচ 'দেশে কালেঽভ্যাগতোঽসি, স্বাগতং তে ? ইদানীং যদ্যনাগতোঽসি, কোপিতয়া ময়া শপ্তো ভবিষ্যসি। শ্রেয়স্তবোপস্থিতম্, সিদ্ধিমবাপ্নুহি' ইতি ॥১৭২॥

অথোত্তঙ্ক উপাধ্যায়মভ্যবাদয়ৎ ॥১৭৩॥

তমুপাধ্যায়ঃ প্রত্যুবাচ—'বৎস ! উত্তঙ্ক ! স্বাগতং তে ? কিং চিরং কৃতম্ ?' ইতি ॥১৭৪॥

---

মুংসাম্বরনা কাম্মু ॥ ১৬২ ॥ অদুগী তুংদা উত্তঙ্কনা শগোল অদুগী গুহ্যদ্বারদা মুংশাম্বরনা কাম্মি ॥১৬৩॥ উত্তঙ্কনা কাম্বা মতমদা, শগোল অদুগী মশা মুম্বদগী মৈরি চোংথোরক্রে ॥১৬৪॥ মৈরি অদুনা মৈখুগা লোয়ননা নাগলোক অদু শিন থুংনা কুপখ্রে, তক্ষকনা মৈরিনা হাইশিনলক্কনি কিবনা মমাই লাংশিনখ্রে, কুণ্ডল অনি অদু পায়দুনা মযুমদগী চোংথোরক্তুনা উত্তঙ্কদা হায়জরে "লৌবিয়ু ব্রাহ্মণ কুণ্ডল অনি অসিদা লৈরে" ॥১৬৫॥ উত্তঙ্কনা কুণ্ডল অনি অদু লৌরে অদুগা চিন্তা তৌরকই ॥১৬৬॥ গুরু পত্নীগী পুণ্যব্রতগী মুমিৎ হায়বদু, ঙসি থোকই, ঐনা লাকলিবনা কয়া লাপ্লকলবা, করম তৌরগা ঐগী নিংবসি থুংগবা ! ॥১৬৭॥ উত্তঙ্কনা অম্বম্না চিন্তা তৌরকপা কাল অদুদা নিপা অদুনা হায়রকই— উত্তঙ্ক ! শগোল অসিদা তোংঙু, মিকুপ অমদা নংগী গুরুদেবগী য়ুমদা য়ৌহনগনি ॥১৬৮॥

ঘরে হায়তুনা উত্তঙ্কনা শগোল অদুদা তোংদুনা গুরুগী নাক্ত য়ৌখ্রে ॥ ১৬৯ ॥ অসোমদা গুরুপত্নীমু স্নান তৌদুনা মশম পুন্দুনা লৈরম্মী, উত্তঙ্ক লাকত্রে হায়দুনা শাপ তৌরগে হায়না খল্লমই ॥১৭০ তাপ্পা অদুমক্তদা উত্তঙ্কসি ওঝাগী ইমুংদা চংলকলে। গুরুপত্নীদা খুরুমজদুনা কুণ্ডল অনি অদু কৎলে ॥১৭১॥ গুরুপত্নীনা উত্তঙ্কদা হায়রকই ঘরে নং মতম চানা থুম্লরে। থোইদোকপা য়ৈথায় খিংগাইবদি লৈথিরেনকো ? নংনা লাক্তব্দদা শাপ তৌগে খনলমলে, নংগী মঙ্গল ওইবগী মতম লাক্রে, থবক পূর্ণা লিব্ধ ওইরসহ ॥১৭২॥ অদুগী মতুংদা উত্তঙ্কনা গুরুগী মকমদা চংদুনা খুরুম্মুই ॥ ১৭৩ ॥ গুরুনা উত্তঙ্কদা হায়রকই, উত্তঙ্ক ! নংগী থবক্তা অপনবা লৈতেদনকো অমুক খিল্লিবা করিননো ? ॥১৭৪॥

তমুত্তঙ্ক উপাধ্যায়ঃ প্রত্যুবাচ "ভোঃ! তক্ষকেণ মে নাগরাজেন বিঘ্নে কৃতেঽস্মিন্ কর্ম্মণি, তেনাস্মি নাগলোকং গতঃ ॥১৭৫॥

তত্র চ ময়া দৃষ্টে স্ত্রিয়ৌ তন্ত্রেঽধিরোপ্য পটং বয়ন্ত্যৌ তস্মিংশ্চ তন্ত্রে কৃষ্ণাঃ সিতাশ্চ তন্তবঃ। কিং তৎ? ॥১৭৬॥

তত্র চ ময়া চক্রং দৃষ্টং দ্বাদশারম্ ষট্ চৈনং কুমারাঃ পরিবর্ত্তয়ন্তি। তদপি কিম্? ॥১৭৭॥

পুরুষশ্চাপি ময়া দৃষ্টঃ, স চাপি কঃ? ॥১৭৮॥

অশ্বশ্চাতিপ্রমাণো দৃষ্টঃ স চাপি কঃ? ॥১৭৯॥

পথি গচ্ছতা চ ময়া ঋষভো দৃষ্টঃ, তঞ্চ পুরুষোঽধিরূঢ়ঃ, তেনাস্মি সোপচারমুক্তঃ—'উতঙ্ক! অস্য ঋষভস্য পুরীষং ভক্ষয়, উপাধ্যায়েনাপি তে ভক্ষিতম্" ইতি ॥১৮০॥

ততস্তস্য বচনান্ময়া তদৃষভস্য পুরীষমুপযুক্তম্। স চাপি কঃ? তদেতদ্ভবতোপদিষ্টমিচ্ছেয়ং শ্রোতুং, কিং তদি'তি ॥১৮১॥

স তেনৈবমুক্ত উপাধ্যায়ঃ প্রত্যুবাচ—'যে তে স্ত্রিয়ৌ পটং বয়ন্ত্যৌ, ধাতা বিধাতা চ। যে কৃষ্ণাঃ সিতাস্তন্তবঃ, তে রাত্র্যহনী। যদপি তচ্চক্রং দ্বাদশারং ষট্ চ কুমারাঃ পরিবর্ত্তয়ন্তি, তেঽপি ষট্ ঋতবঃ দ্বাদশারা দ্বাদশ মাসাঃ, সংবৎসরশ্চক্রম্, যঃ পুরুষঃ স পর্জ্জন্যঃ, যোঽশ্বঃ সোঽগ্নিঃ ॥১৮২॥

য ঋষভস্ত্বয়া পথি গচ্ছতা দৃষ্টঃ স ঐরাবতো নাগরাট্, যশ্চৈনমধিরূঢ়ঃ পুরুষঃ স চেন্দ্রঃ।

যদপি তে ভক্ষিতং তস্য ঋষভস্য পুরীষম তদমৃতম্ ॥১৮৩॥

---

উতঙ্কনা মাগী গুরুদা হায়রবই— গুরুদেব! ঐগী থবক্তা লিল নিংথৌ তক্ষকনা অপনবা পিখি; অদুনা ঐ নাগলোক য়ৌজকবে ॥১৭৫॥ মফম অদুদা ঐনা উবনু— নুপী অনিনা ফি শাদুনা লৈরমই, অদুগা যোংখমদা লং তমুবা অঙৌবা তিংদুনা লৈরমই, পুমনমক অদুবু করিনো? ॥১৭৬॥ অদুগা চক্র অমসু উরকই, খোযবা মচা ভবানিথোই পাম্লি, চক্র অদু অঙাং তরুক্না লৈ; মাদুনা করিনো? ॥১৭৮॥ ঐনা উবা নিপা অদুনা কনানো? ॥১৭৭॥ ঐনা উরুবা যজবা শগোল অদুনা করিনো? ॥১৭৯॥ চৎপা মতমদা লম্বীদা যণ লাব অমসু উবম্মী, যণ অদুগী মথক্তা নিপা অমম্ব তোংলম্মি, মানা ঐঙোন্দা অসুম হায়রম্মি, উতঙ্ক! যণ অসিগী সম্থি চাউ, নংগী ওঝাম্ব মসি চাখিবনি ॥১৮০॥ মানা অদুম হায়বদুদা ঐসু সম্থি অদু চাই। নিপা অদুনা কনানো? অসি পুমনমকসি করিনো তাকপিযু গুরুদেব! ।১৮১॥ উতঙ্কগী ৱা তাবদা ওঝানা হায়খি— ফিশাবী নুপী অনি লৈরম্বা অদো চহি অমগী মনুংদা লৈবী উত্তরায়ন অমদ দক্ষিণায়ন হায়না কৌবী লাইরেণবী অনি [illegible]। অঙৌবগা অমুবগা লংমচু অনি উখিবদুনা অহিং-নুংথিল হায়না কৌবা দেবতা অহনি চক্রদা-লৈম্বিবা অঙাং অতুনা ঋতু তরুকনি; চাকাগী মশা তরানিথোইতুনা থা তরানিথোইনি, চক্র মপুম অতুনা চহি অমনি, অতুগা নংনা উরুবিবা নিপা অহনা ইন্দ্রনি, শগোল অতুনা অগ্নিদেবতানি ॥১৮২॥ অহগা নংনা [illegible]বা মতমদা উকরিবা যণ লাব অহনা শামু পুমযক্কগী অথোইবা ঐরাবত হায়বহনি,

তেন খল্বসি তস্মিন্নাগলোকেন ব্যাপন্নস্তম্। স হি ভগবানমিত্রো মম সখা অনুক্রোশাদিমমনুগ্রহং কৃতবান্।
তস্মাৎ কুণ্ডলে গৃহীত্বা পুনরাগতোঽসি ॥ ১৮৪ ॥
তৎ সৌম্য ! গম্যতাম, অনুজানে ভবন্তম্, শ্রেয়োঽবাপ্স্যসি' ইতি ॥১৮৫॥
স উপাধ্যায়েনানুজ্ঞাতো ভগবানুত্তঙ্কঃ ক্রুদ্ধস্তক্ষকং প্রতিচিকীর্ষমাণো হাস্তিনপুরং প্রতস্থে ॥১৮৬॥
স হাস্তিনপুরং প্রাপ্য নচিরাদ্বিপ্রসত্তমঃ। সমাগচ্ছত রাজানমুত্তঙ্কো জনমেজয়ম্ ॥১৮৭॥
পুরা তক্ষশিলাসংস্থং নিবৃত্তমপরাজিতম্। সম্যগ্বিজয়িনং দৃষ্ট্বা সমন্তান্মন্ত্রিভির্বৃতম্ ॥ ১৮৮॥
তস্মৈ জয়াশিষঃ পূর্ব্বং যথান্যায়ং প্রযুজ্য সঃ। উবাচৈনং বচঃ কালে শব্দসম্পন্নয়া গিরা ॥১৮৯॥ (যুগ্মকম্)

উত্তঙ্ক উবাচ।

অন্যস্মিন করণীয়ে তু কার্য্যে পার্থিবসত্তম। বাল্যাদিবান্যদেব ত্বং কুরুষে নৃপসত্তম। ॥১৯০॥

সৌতিরুবাচ।

এবমুক্তস্তু বিপ্রেণ স রাজা জনমেজয়ঃ। অর্চয়িত্বা যথান্যায়ং প্রত্যুবাচ দ্বিজোত্তমম্ ॥১৯১॥

জনমেজয় উবাচ।

আসাং প্রজানাং পরিপালনেন স্বং ক্ষত্রধর্ম্মং পরিপালয়ামি। প্রব্রূহি মে কিং করণীয়মদ্য যেনাসি কার্য্যেণ সমাগতস্ত্বম্ ॥১৯২॥

সৌতিরুবাচ।

স এবমুক্তস্তু নৃপোত্তমেন দ্বিজোত্তমঃ পুণ্যকৃতাং বরিষ্ঠঃ। উবাচ রাজানমদীনসত্ত্বং স্বমেব কার্য্যং নৃপতে! কুরুষ্ব ॥ ১৯৩ ॥

---

মাহদা তোংবা নিপা অদুনা ইন্দ্রনি। অদুগা লংনা চাঙিবা সন্থি অদুনা অমৃতনি ॥১৮৩॥ মরম অদুনা নংনা নাগলোকতা কবিনতা অৱাবা তাখিদবনি। মরমদি-পুরুচেল চাউবা ইন্দ্রদো ঐগী মরুপনি, মানা মংশিবিদুনা নংঙোন্দা থৌজালনিংখিবনি, মরম অদুনা কুণ্ডল অনি অসি নংনা ফংদুনা অসিদা অমুক হল্লকপা ঙমলিবনি। ১৮৪॥ অদুনা উত্তঙ্ক! ঐনা য়াথংপিরবনি চৎলো নং চৎপা য়ারগনি, গুরুগী লম্বন তোল্লে, শোয়দনা মঙ্গল ওইরগনি ॥ ১৮৫ ॥ গুরুগী য়াথং ফংলবা মতুংদা তপস্থা কল্লবা উত্তঙ্কনা থোইনা শাউখিদুনা হস্তিনাপুররোমদা অদুমক চৎখ্রে ॥ ১৮৬॥ ব্রাহ্মণ অথোইবা উত্তঙ্কনা হস্তিনাপুরদা চৎখিদুনা জনমেজয় নিংথৌগা উনখি ॥ ১৮৭ ॥ মমাংঙোদা জনমেজয়না তক্ষশিলা জয় তৌবা মতমদা মকম অদুদা লৈবা লমদম পুম্নমক জয় তৌদুনা হল্লক্লবা তুংদা নোংমা মন্ত্রী পুম্নমক্না কোয়শিন্দুনা ফমদুনা লৈরম্মী। তাঙ্গা অদুদা উত্তঙ্ক কৌবা ব্রাহ্মণ অসিনা চংলক্তুনা শাস্ত্রগী নিয়ম কায়দনা অহানবদা আশীর্ব্বাদ তৌদুনা মতমগী মতুং ইন্না মতিক চারবা অর্থনা তিল্লবা ৱাহৈনা নিংথৌদা হায়খি ॥১৮৮-১৮৯॥

উত্তঙ্কনা হায়রকই: মহারাজ! মহারাজনা তৌগদৌবদি অতোপ্পা থবক অমনি অদুবু অভাং ওইবনা তৌরোইদবা থবক অমা তৌবিরুরে ॥১৯০॥ সৌতিনা হায়খি—উত্তঙ্কনা অসুম হায়রবদা জনমেজয় নিংথৌনা শাস্ত্রগী নিয়ম কায়দনা ব্রাহ্মণ পূজা তৌরগা হায়রকই ॥১৯১॥ ঐনা প্রজা পুমনমকসি ঙাক্তুনা ক্ষত্রিয়গী ধর্ম্মবু ঙাকচরক্লি। অদুনা ব্রাহ্মণনা ঙসি ঐগী মফমদা লেংবিরকপগী মরম মুম্না তাকপিয়ু, কর্ম্ম তৌজৌ হায়বগে ॥১৯২॥ সৌতিনা হায়খি:—নিংথৌনা অসুমনা হায়রবদা ধর্ম্ম চেন্নবা অথোইবা ব্রাহ্মণ উত্তঙ্কনা শক্তি লৈরবা নিংথৌদা হায়খি - মহারাজ! ঐনা থোইনা হায়নিংঙাই লৈতে,

উতঙ্ক উবাচ।

তক্ষকেণ মহীন্দ্রেন্দ্র! যেন তে হিংসিতঃ পিতা। তস্মৈ প্রতিকুরুষ্ব ত্বং পন্নগায় দুরাত্মনে ॥ ১৯৪ ॥
কার্য্যকালং হি মন্যেঽহং বিধিদৃষ্টস্য কর্ম্মণঃ। তদ্গচ্ছাপচিতিং রাজন্! পিতুস্তস্য মহাত্মনঃ ॥১৯৫॥
তেন হ্যনপরাধী স দষ্টো দুষ্টান্তরাত্মনা। পঞ্চত্বমগমদ্রাজা বজ্রাহত ইব দ্রুমঃ ॥ ১৯৬ ॥
বলদর্পসমুৎসিক্তস্তক্ষকঃ পন্নগাধমঃ। অকার্য্যং কৃতবান্ পাপো যোঽদশৎ পিতরং তব ॥ ১৯৭ ॥
রাজর্ষিবংশগোপ্তারমমরপ্রতিমং নৃপম্। যিযাসুং কাশ্যপঞ্চৈব ন্যবর্ত্তয়ত পাপকৃৎ ॥১৯৮॥
হোতুমর্হসি তং পাপং জ্বলিতে হব্যবাহনে। সর্পসত্রে মহারাজ! ত্বরিতং তদ্বিধীয়তাম্ ॥ ১৯৯॥
এবং পিতুশ্চাপচিতিং কৃতবাংস্ত্বং ভবিষ্যসি। মম প্রিয়ঞ্চ সুমহৎ কৃতং তব ভবিষ্যতি ॥২০০॥
কর্ম্মণঃ পৃথিবীপাল! মম যেন দুরাত্মনা। বিঘ্নঃ কৃতো মহারাজ! গুর্ব্বর্থং চরতোঽনঘ ॥২০১॥

সৌতিরুবাচ।

এবং শ্রুত্বা তু নৃপতিস্তক্ষকায় চুকোপ হ। উতঙ্কবাক্যহবিষা দীপ্তোঽগ্নির্হবিষা যথা ॥২০২॥
অপৃচ্ছৎ স তদা রাজা মন্ত্রিণস্তান্ সুদুঃখিতঃ। উতঙ্কস্যৈব সান্নিধ্যে পিতুঃ স্বর্গগতিং প্রতি ॥২০৩॥
তদৈব হি স রাজেন্দ্রো দুঃখশোকাপ্লুতোঽভবৎ। যদৈব বৃত্তং পিতরমুতঙ্কাদশৃণোত্তদা ॥২০৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি পৌষ্যাখ্যানং নাম তৃতীয়োঽধ্যায়ঃ ॥৩॥

—:(*):—

---

নিংথৌ অমনা তৌফম থোকপা থবক অদু তৌগদৌবনি ॥১৯৩॥ উতঙ্কনা হায়খি— মহারাজ! লিল নিংথৌ তক্ষকনা নপাবুং মহারাজবু হাৎখিবনি, মাদুগী লম্মন থুমখো ॥১৯৪॥ শাস্ত্রগী মতুংইন্না থবক তৌননবগী মহারাজগী মতিকচাবা মতম অদু লাক্লে হায়নাখল্লি। অদুনা নিংথৌ! পুকচেল চাউরবা নোঙ্গাখ্রবা পিতৃদেবগী য়েক্লবগী লম্মন হান্না থুমখিগদৌবনি ॥১৯৫॥ ফত্রবা তক্ষকনা মরাল লৈতত্রবা পরীক্ষিৎ নিংথৌবু চিকখিবনি। মদুদা বজ্রনা থায়রবা উক্তাউগী মতৌগুম লৈমায়থক্তে তুদুনা মথবাই থাখি ॥১৯৬॥ মপাঙ্গল্লা নাপল তৌবা, পাপ চেল্লবা লিল তক্ষকনা নপাবুংবু চিকখিবসি কয়া-য়ামনা তমথিরবা থবক্নো খল্লু ॥১৯৭॥ রাজর্ষিবংশবু ঙাক্লিবা, স্বর্গগী দেবতাগা মাননা মগুণ লৈরবা, মতিক মগুণ চাউরবা, নপাবুং নিংথৌ পরীক্ষিৎকী লায়েংগে হাযদুনা লাক্লবা কাশ্যপ ঋষিবু লম্বীদগী হলহনখিবনি ॥১৯৮॥ মরম অদুনা সর্প যজ্ঞ অমা লিংখৎলগা চাক্লবা অগ্নিকুণ্ডদা তক্ষকপু চাকথেকহনগদৌবনি। অদুনা মহারাজ! থুনা য়াংনা সর্প যজ্ঞগী অনুষ্ঠান তৌনবা তৌবিয়ু। ১৯৯॥ অসুম তৌরবতদা মপাগী য়েক্লবগী মথক্তা লম্মন থুম্বা হায়বা অহৎস্ন থোক্লগনি, অদুগা ব্রাহ্মণ ঐগীসু কান্নবা থবক অমা মহারাজনা পাংথোকপিবা হায়বদুসু থোকলে ॥২০০॥ মহারাজ! ঐনা গুরু দক্ষিণাগীদমক্ত কুণ্ডল নাইন অনি গুরুকপবু মহাক্না লম্বীদা য়েখায়বা পিখি ॥২০১॥ সৌতিনা হায়খি —জনমেজয়না ব্রা অসি হেক তাবদা মৈনা থীবু শৌদোকপগুম উতঙ্কগী ব্রাহৈনা তক্ষকগী মফমদা জনমেজয়গী অশাউবগী মৈ হৌহনখি ॥ ২০২॥ নিংথৌ জনমেজয়না উতঙ্কগী মফমদগী তাখিবা মপা শিথিবগী ব্রারী পুম্বদু মন্ত্রীশিংদা অমুক হংখি ॥২০৩॥ নিংথৌ জনমেজয়দু মতম অদুদা উতঙ্কগী মচিন্দগী ব্রারি অসি হেক তাবদা গুরাংদা থোকখিবগুম অশাউবা লুংশাইতবনা থনখি ॥২০৩॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারত শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদিপর্ব্বদা পৌষ্যাখ্যান কৌবা অহুমশুবা অধ্যায় লোইরে।

—:(*):—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব—পৌলোম পর্ব্ব

### ( অগ্নিশুবা অধ্যায়ঃ )

—•(*•—

লোমহর্ষণপুত্র উগ্রশ্রবাঃ সৌতিঃ পৌরাণিকো নৈমিষারণ্যে শৌনকস্য কুলপতের্দ্বাদশবার্ষিকে সত্রে ঋষীনভ্যাগতানুপতস্থে ।।১।।

স কৃতাঞ্জলিস্তানুবাচ 'ময়োতঙ্কস্য চরিতমশেষমুক্তং জনমেজয়স্য সর্পসত্রে নিমিত্তান্তরমিদমপি । কিং ভবন্তঃ শ্রোতুমিচ্ছন্তি, কিমহং ব্রবাণি' ইতি ।।২।।

তমৃষয় উচুঃ—"পরং লোমহর্ষণে ! বক্ষ্যামস্ত্বাম্, নঃ প্রতি বক্ষ্যসি বচঃ, শুশ্রূষতাং কথাযোগং নঃ কথাযোগে ।।৩।।

তত্র ভগবান্ কুলপতিস্তু শৌনকোঽগ্নিশরণমধ্যাস্তে ।।৪।।

দীর্ঘসত্রত্বাৎ সর্ব্বাঃ কথাঃ শ্রোতুং কালোঽস্তি ।।৫।।

যোঽসৌ দিব্যাঃ কথা বেদ দেবতাসুরসংশ্রিতাঃ । মনুষ্যোরগ-গন্ধর্ব্ব-কথা বেদ চ সর্ব্বশঃ ।।৬।।

স চাপ্যস্মিন মখে সৌতে ! বিদ্বান্ কুলপতির্দ্বিজঃ । দক্ষো ধৃতব্রতো ধীমান্ শাস্ত্রে চারণ্যকে গুরুঃ ।।৭।।

সত্যবাদী শমপরস্তপস্বী নিয়তব্রতঃ । সর্ব্বেষামেব নো মান্যঃ স তাবৎ প্রতিপাল্যতাম্ ।।৮।।

---

লোমহর্ষণগী মচা পুরাণ শাস্ত্র হৈরবা উগ্রশ্রবানা নৈমিষারণ্যদা কুলপতি ওইবা শৌনক ঋষিগী চহি তরাগানিথোই চুপনা তৌবা শাংলবা যজ্ঞদা মহাভারত কৌবা পুরাণগী ৱারীশিং অসি তাহন্দুনা মুনি খিবিকপু পেলহনখি ।।১।। মুনিশিংগী মমাংদা খুৎ লোমন্থনা হায়খি—উত্তঙ্কগী চরিত্র খিবিকপু ময়ামগী মফমদা লীজরবনি, অদুনা জনমেজয়গী সর্পযজ্ঞগী আদি কারণদি উত্তঙ্কনা ওইরে হায়বসি খংবিগদৌবনি। হৌজিক ময়াম্না করি তাবিনিংলিবা ? করি হায়জৌ হায়বগে ? ।। ২ ।। মুনিশিংনা সৌতিদা হায়খি— সৌতি। মহর্ষি শৌনক হল্লকবতুংদা ঐখোইনা করি তানিংবগে হায়বদু হায়জগে। থাঙ্গৈশেংবমক্তি ঐখোয়দি ৱারি মথল মথল য়াম্না তাজনিংই। অদুনা ঐখোয়না হংলক হংলকপা মতুংইন্না অন্নুম লীথবিরকউ ।। ৩ ।। ইকায় খুমনবগী মশক ওইরবা কুলপতি শৌনকতি মতম অসিদা যজ্ঞশংদা হোম তৌদুনা লৈরি ।। ৪ ।। যজ্ঞদি মতম কুইনা চংগদৌবনি, অদুনা ৱারী পুমনমক তানবগী মতম যংগনি ।। ৫ ।। মহাক্তি দেবতাশিংগী, অসুরশিংগী, মীওইবগী, লিল পুমনমকী গন্ধর্ব্ব পুমনমকীসু হৌরককম ৱারি লোইনা খংবনি ।। ৬ ।। সৌতি ! মহাক্তি যজ্ঞদা পুক্রিং চংহনা লৈরি, থোইদোক হেন্দোক্না হায়রবদা মহাক্তি বিদ্বান অমনি, ছাত্র অয়াম্বগী অধ্যাপকনি, থবক পূন্নদা হৈশিংলবা, বুদ্ধি লৈরবা অমদি বেদান্ত শাস্ত্রগী উপদেশ পীবা নিপানি ।।৭।। অদুগা মহাক্তি অচুম্বা ভাংবা, শান্তি

তস্মিন্নধ্যাসতি গুরাবাসনং পরমার্চ্চিতম্। ততো বক্ষ্যসি যত্বাং স প্রক্ষ্যতি দ্বিজসত্তমঃ ॥৯॥

সৌতিরুবাচ।

এবমস্তু গুরৌ তস্মিন্ প্রবিষ্টে মহাত্মনি। তেন পৃষ্টঃ কথাঃ পুণ্যা বক্ষ্যামি বিবিধাশ্রয়াঃ ॥১০॥

সোঽথ বিপ্রর্ষভঃ সর্ব্বং কৃত্বা কার্য্যং যথাবিধি। দেবান্ বাগ্ভিঃ পিতৄনদ্ভিস্তর্পয়িত্বাজগাম হ ॥১১॥

যত্র ব্রহ্মর্ষয়ঃ সিদ্ধাঃ সুখাসীনা ধৃতব্রতাঃ। যজ্ঞায়তনমাশ্রিত্য সূতপুত্রপুরঃসরাঃ ॥১২॥

ঋত্বিক্ষ্বথ সদস্যেষু স বৈ গৃহপতিস্তদা। উপবিষ্টেষু প্রবিষ্টঃ শৌনকোঽথাব্রবীদিদম্ ॥১৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি পৌলোমে কথাপ্রবেশো নাম চতুর্থোঽধ্যায়ঃ ॥৪॥

——:*):——

পাম্বা তপস্যা কললবা ব্রহ্মচারীনি, অদুনা মহর্ষি শৌনক হায়বসি ঐখোয় পুমনমক্কী ইকায খুম্নফমনি, অদুনা মহাকপু অমুক্তংদি ভাইবিব তারে ॥৮॥ অদুগুম্বা ঐখোয়গী গুরুদেবনা ব্বাংলবা আসনথক্তা যম্লগা হংলক হংলকপা অদুগী মতুংইন্না ব্বাবি লীবিগদোবনি ।৯॥ সৌতিনা হায়খি—যরে অদুমভাইবে, মহাত্মাদুনা আসন্দা ফমলগা হংলক হংলকপা অদুগী মতুংইন্না ঐ ব্বারি লীজগে ॥১০॥ অদুগী মতুংদা ব্রাহ্মণ অথোইবা শৌনকসু সন্ধ্যাবন্দনানচিংবা নিত্যকর্ম্ম পূম্বা লোইরগা, স্তুতিদনা দেবতাশিংবু অমদি ঈশিংতনা পিতৃলোকশিংবু তর্পন তৌবগা মযাম্না লৈরিবা মফম অদুদা থোরক্রে ॥১১॥ মফম অদুদা অণিমা গরিমানচিংবা সিদ্ধি মথল নিপাল ফংলবা ব্রহ্মচারী ওইরবা ব্রহ্মঋষিশিংনা সৌতিবু মাংদা থমলগা যজ্ঞশালাদা ফুংভাইনা ইকোয কোযনা ফমদুনা লৈখ্রে ॥১২॥ অদুগী মতুংদা পুরোহিত ময়াম্না অমদি সদস্যখিবিক্না শৌনকনা চংলকপা উবদা ময়ামনা চপমান্ননা হৌগৎলি, ময়াম ফম্বীযু হায়বগী ইঙ্গিত উবদা ময়ামসু ফমথৈ, মতম অদুদা আশ্রমগী স্বামী ওইরবা শৌনকনা আসন্দা ফমলগা ব্বা অসি হায়খি ॥১৩॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা লেংবা ব্যাসগী সংহিতাদা পৌলোম কৌবা আদি পর্ব্বদা কথাপ্রবেশ কৌবা মরিশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

—(*)—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব—পৌলোমে অগ্নিসম্বাদঃ

(মঙাশুবা অধ্যায়ঃ)

—০(*০—

শৌনক উবাচ ।

পুরাণমখিলং তাত ! পিতা তেঽধীতবান্ পুরা । ভারতাধ্যয়নং সর্ব্বং কৃষ্ণদ্বৈপায়নাত্তদা ।

কচ্চিত্ত্বমপি তৎ সর্ব্বমধীষে লৌমহর্ষণ ! ॥ ১ ॥

পুরাণে হি কথা দিব্যা আদিবংশাশ্চ ধীমতাম্ । কথ্যন্তে যে পুরাস্মাভিঃ শ্রুতপূর্ব্বাঃ পিতুস্তব ॥২ ॥

তত্র বংশমহং পূর্ব্বং শ্রোতুমিচ্ছামি ভার্গবম্ । কথয়স্ব কথামেতাং কল্যাঃ স্মঃ শ্রবণে তব ॥৩॥

যদধীতং পুরা সম্যগ্ দ্বিজশ্রেষ্ঠৈর্মহাত্মভিঃ । বৈশম্পায়নবিপ্রাগ্র্যৈস্তৈশ্চাপি কথিতঃ যথা ॥৪॥

যদধীতঞ্চ পিত্রা মে সম্যক্ চৈব ততো ময়া । তাবচ্ছৃণুষ্ব যো দেবৈঃ সেন্দ্রৈঃ সর্ষিমরুদ্গণৈঃ ।

পূজিতঃ প্রবরো বংশো ভার্গবো ভৃগুনন্দন ! ॥৫॥

ইমং বংশমহং পূর্ব্বং ভার্গবং তে মহামুনে ! । নিগদামি যথাযুক্তং পুরাণাশ্রয়সংযুতম্ ॥৬॥ ( বিশেষকম্ )

ভৃগুর্মহর্ষির্ভগবান্ ব্রহ্মণা বৈ স্বয়ম্ভুবা । বরুণস্য ক্রতৌ জাতঃ পাবকাদিতি নঃ শ্রুতম্ ॥৭॥

---

শৌনকনা হায়খি— ইবুংঙো ! নংবু পোকপা পিতানা মমাংদৈদা পুরাণ পুম্নমক তমখি, অমদি মহর্ষি বেদব্যাসকী মফমদা মহাভারতপুম্নু মপুং ফানা তমখ্রবনি । অদুনা নহাকসু পুম্নমকসি তমখ্রব্রা ? মাদু খংনিংই ॥ ১ ॥ পুরাণ অসিদা তাইবং মীনা লেংবা ঙমদ্রবা ৱারি কয়া অমদি জ্ঞানী ওইরবা কয়াগী হৌরকফম মথং মথং ইথ্রবনি, অসিপুম্বা নংবু পোকপা পিতাদগী ঐখোয়না তাখ্রবনি ॥ ২ ॥ আদি বংশশিং অসিগী মনুংদা ইহান হানবদা ভৃগুবংশগী ৱারি তানিংই, মাদু নং লীযু, নংগী নচিন্দগী ঐখোয় পূম্বা তাগে হায়না লেপনরে ॥ ৩ ॥ সৌতিনা হায়খি-- ভৃগুশাগেগী অখোইবা হে মহর্ষি ! বৈশম্পায়ননচিংব পুকচেল চাউরবা ব্রাহ্মণশিংনা মমাংদৈদা তমখিবা পুম্নমক অমদি লোক সমাজদা লীখিবা পুম্নমক, ঐবু পোকপা ইপানা তমখিবা পুম্নমক অমদি ইপাদুদগী ঐনা নিয়ম কায়দনা তমখিবা পুম্নমক, অদো লোইনা লীজগে তাবিয়ু । ঋষি পুম্নমক্না, মরুৎখিবিক্না অমসুং ইন্দ্রনচিংবা দেবতাখিবিক্না, পাকচাওরবা ভৃগুবংশবু ইকায় খুম্নদুনা লৈরিবনি, পুরান্দা য়াউথ্রবা ভৃগুবংশদো ঐ ময়াম্দা লীজগে ॥৪-৬॥

ঐনা তাজখিবমু, ব্রহ্মানা বরুণগী যজ্ঞ তৌখি হায়, অদুগুম্বা যজ্ঞগী অগ্নিকুণ্ডগী মহর্ষি

ভৃগোঃ সুদয়িতঃ পুত্রশ্চ্যবনো নাম ভার্গবঃ। চ্যবনস্য চ দায়াদঃ প্রমতির্নাম ধার্মিকঃ ॥৮॥

প্রমতেরপ্যভূৎ পুত্রো ঘৃতাচ্যাং রুরুরিত্যুত। রুরোরপি সুতো জজ্ঞে শুনকো বেদপারগঃ।

প্রমদ্বরায়াং ধর্মাত্মা তব পূর্বপিতামহঃ ॥৯॥

তপস্বী চ যশস্বী চ শ্রুতবান্ ব্রহ্মবিত্তমঃ। ধার্মিকঃ সত্যবাদী চ নিয়তো নিয়তাশনঃ ॥১০॥

শৌনক উবাচ।

সূতপুত্র! যথা তস্য ভার্গবস্য মহাত্মনঃ। চ্যবনত্বং পরিখ্যাতং তন্মমাচক্ষ্ব পৃচ্ছতঃ ॥১১॥

সৌতিরুবাচ

ভৃগোঃ সুদয়িতা ভার্যা পুলোমেত্যভিবিশ্রুতা। তস্যাং সমভবদ্‌গর্ভো ভৃগুবীর্যসমুদ্ভবঃ ॥১২॥

তস্মিন্ গর্ভেঽথ সম্ভূতে পুলোমায়াং ভৃগূদ্বহ! সময়ে সমশীলিন্যাং ধর্মপত্ন্যাং যশস্বিনঃ ॥১৩॥

অভিষেকায় নিষ্ক্রান্তে ভৃগৌ ধর্মভৃতাং বরে। আশ্রমং তস্য রক্ষোঽথ পুলোমাভ্যাজগাম হ ॥১৪॥ ( যুগ্মকম্ )

তং প্রবিশ্যাশ্রমং দৃষ্ট্বা ভৃগোর্ভার্যামনিন্দিতাম্। হৃচ্ছয়েন সমাবিষ্টো বিচেতাঃ সমপদ্যত ॥১৫॥

অভ্যাগতং তু তদ্রক্ষঃ পুলোমা চারুদর্শনা। ন্যমন্ত্রয়ত বন্যেন ফলমূলাদিনা তদা ॥১৬॥

তাং তু রক্ষস্তদা ব্রহ্মন্! হৃচ্ছয়েনাভিপীড়িতম্। দৃষ্ট্বা হৃষ্টমভূদ্রাজন্! জিহীর্ষুস্তামনিন্দিতাম্ ॥১৭॥

জাতমিত্যব্রবীৎ কার্যং জিহীর্ষুর্মুদিতঃ শুভাম্। সা হি পূর্বং বৃতা তেন পুলোম্না তু শুচিস্মিতা ॥১৮॥

---

ভৃগু পোকখি ॥ ৭॥ চ্যবন কৌবা ভৃগুগী মচা অমা পোকখি। চ্যবন হায়বসি ভৃগুগী থোইনা সুংশিরবা মচা অমনি, চ্যবন অসিগী অমুক প্রমতি কৌবা ধর্ম্ম চেল্লবা মচা অমা পোকখি ॥৮॥ প্রমতি অসিগী রুরুকৌবা মচা অমা ঘৃতাচী কৌবাগী গর্ভদগী পোকখি, অদুগা অমুক প্রমদ্বরা কৌবীগী গর্ভদা শুনক কৌবা মচা অমা পোকখি, মহাক অসি বেদ শাস্ত্রদা হৈববা অমদি ধর্ম্ম চেল্লবা, নিপা অমনি, মহাক অসি হে মহর্ষি! নঙগী মপুখৈ পুবেন্নি ॥৯॥ শুনক হায়বিবসি তপস্যা কল্লবা, মিংচৎচাউববা, শাস্ত্র খংলবা ব্রহ্ম জ্ঞানী ওইববা, অচুম্বা ঙাংলবা, নামচৎ যজববা, পুক্নিং হবচাংদা কানবদা চাববা, অমদি চাংনাইনা মতম চানা চাবা নিপা অমা ওইখি ॥ ১০ ॥ শৌনকনা হায়খি— সৌতি! কবি মরমগীদমক পুকচেল চাউববা ভৃগুগী মচানা চ্যবন হায়না ফাউখিবা, মাতনি ঐনা তাম্না খংজনিংলিবা মাঙ্গ লৌবিয়ু ॥ ১১ ॥ সৌতিনা হায়খি— ভৃগুগী ভার্য্যাগী মিংদি পুলোমা কৌই, মহাক অসি ভৃগুগী চানথোইববী ভার্য্যানি, ভৃগুগী সংসর্গদগী গর্ভ পুখি ॥১২॥ পত্নী পুলোমা হায়বীসিসু ভৃগুগা স্বভাব অমতনি, মতম চানা গর্ভ পুখ্রবা তুংদা নোংমা, ধর্ম্ম চেল্লবা ভৃগুনা স্নান তৌগে হায়না আশ্রমদগী থোকখ্রবদা পুলোমা কৌবা কনাগুম্বা হিংচাবা অমা আশ্রম অহৌদা লাকখি ॥ ১৩-১৪ ॥

পুলোমা কৌবা হিংচাবা অসিনা আশ্রম মঙ্গংদা চংখিদুনা ভৃগু মুনিগী ফজরবী ভার্য্যাবু উবদা কামগী মথা পোম্দুনা ঈঙাউ ঙাউখ্রে ॥১৫॥ অসোমদা থোইনা নিংথিজরবী পুলোমা দেবীসু অতিথিগী মশক ওইববা হিংচাবদা উহে বাহৈ পীজগে হায়বগীদমক কৌই ॥১৬॥ আশ্রমগী মপু ওইরবা শৌনক! কামনা ঙাউরবা হিংচাবা অদুনা পুলোমা দেবীবু উবদা থোইদোক্না পেনখি, অদুগা মাবু হুদুনা পুগে হায়না খনখ্রে ॥১৭॥ পুলোমা কৌবা হিংচাবনা নিংথিজরবী অফবা লক্ষণনা তিল্লবী পুলোমা দেবীবু

তাং তু প্রাদাৎ পিতা পশ্চাদ্ভৃগবে শাস্ত্রবত্তদা। তস্য তৎ কিল্বিষং নিত্যং হৃদি বর্ত্ততি ভার্গব ! ॥১৯॥
ইদমন্তরমিত্যেবং হর্ত্তুং চক্রে মনস্তদা। অথাগ্নিশরণেঽপশ্যজ্জ্বলন্তং জাতবেদসম্ ॥ ২০ ॥
তমপৃচ্ছত্ততো রক্ষঃ পাবকং জ্বলিতং তদা। শংস মে কস্য ভার্য্যেয়মগ্নে ! পৃচ্ছে ঋতেন বৈ ॥ ২১ ॥
মুখং ত্বমসি দেবানাং বদ পাবক ! পৃচ্ছতে। ময়া হীয়ং বৃতা পূর্ব্বং ভার্য্যার্থে বরবর্ণিনী ॥ ২২ ॥
পশ্চাদিমাং পিতা প্রাদাদ্ভৃগবেঽনৃতকারকঃ। সেয়ং যদি বরারোহা ভৃগোর্ভার্য্যা রহোগতা ॥২৩॥
তথা সত্যং সমাখ্যাহি জিহীর্ষাম্যাশ্রমাদিমাম্। স মন্যুস্তত্র হৃদয়ং প্রদহন্নিব তিষ্ঠতি ॥২৪॥
মৎপূর্ব্বভার্য্যাং যদিমাং ভৃগুরাপ সুমধ্যমাম্। অসহ্যমিদং মহ্যং হর্ত্তুমাশ্রমাদিমাম্ ॥ ২৫ ॥

সৌতিরুবাচ।

এবং রক্ষস্তমামন্ত্র্য জ্বলিতং জাতবেদসম্। শঙ্কমানং ভৃগোর্ভার্য্যাং পুনঃ পুনরপৃচ্ছত ॥ ২৬ ॥
ত্বমগ্নে ! সর্ব্বভূতানামন্তশ্চরসি নিত্যদা। সাক্ষিবৎ পুণ্যপাপেষু সত্যং ব্রূহি কবে ! বচঃ ॥২৭॥
মৎপূর্ব্বভার্য্যাপহৃতা ভৃগুণাঽনৃতকারিণা। সেয়ং যদি তথা মে ত্বং সত্যমাখ্যাতুমর্হসি ॥ ২৮ ॥

---

হুদূনা পুগে হন্দুনা মপুক্রিংদ,—ঐগী থবক পাংথোক্লদনা তম্লুম হায়না ফংখি। মবমদি মমাংদৈদা হিংচাবা অসিনা পুলোমা কৌবী অসিবু নিংজ তৌদুনা চৌগে হায়না খনখিবনি ॥১৮॥ অদুবু পুলোমাগী মপানা মমৈথংদা মচানুপী অসিবু শাস্ত্রগী নিয়ম বাগদনা ভৃগু মুনিদা কংখিবনি। অদুদগী হৌনা হিংচাবা অসিনা পুলোমাদেবীবু অমুক্তদি চৌগে হায়না হৌজিক ফাওবা খল্লিবনি ॥ ১৯ ॥ হুদ্বনা পুবগী মতম চপ চাবে হায়না খন্দুনা, হুগে হায়না মপুক্রিংদা খনগৎলবনি, মতুংদা যজ্ঞশালা মসুংদা চাক্তুনা চৈনিবা মৈবু উবে ॥২০॥ মতম অদুদা পুলোমা কৌবা হিংচাবা অসিনা চাকলিবা মৈদা হংলবি— হে অগ্নিদেব ! ঐনা নঙোন্দ হংজবি মুপী অসি থাংগৈশোবা কনাগী ভার্য্যানো শেংনা হায়যু ॥ ২১ ॥ হে অগ্নিদেব ! নদি দেবতা পুমনমক্কী লুচিংবনি, অদুনা ঐনা হংজরিবসি শেংনা খুম্মিয়ু, নিংথিজবী পুলোমা কৌবা অসি ইহান হায়বদা ঐঙোন্দ পীগু হায়নখ্রবনি ॥২২॥ অদুগী মতুংদা মহাক্কী মপানা মীনয়দুনা ঐবু হুন্দোকতুনা ভৃগুদা লোন্নপীখিবনি, হৌজিক যাওবসি ভৃগুগী লোন্নথুপনা ভার্য্যা ওইদুনা লৈরিবনি ॥ ২৩ ॥ মদম অদুনা থাংগৈশেনা অ্যাবগী মতমা খল্লুববদি মুপী অসি কনাগী ভার্য্যানো ? ঐ মরুবু ঙসি আশ্রমদগী হুদুনা পুগে হায়না হল্লে, মানা ঙসি ফাওবা ঐগী থমোইহ অসি চাবহন্দুনা থাল্লি ॥২৪॥ নিংথিজবী মপা অসি ঐগী ভার্য্যা ওইনি হায়না মমাং দৈদা লেপনখিবনি, অদুদা ভৃগুনা লোন পুখিবনি, অদুনা ঐগী ইয়মদা অরানবা থবক তৌখ্রবমিনা ঙসি ঐম্ম মাগী আশ্রমদগী হুদুনা পুব তাবে ॥২৫॥

পুলোমাদেবী অসি থাংগৈশোবা ধর্ম্মগী দৃষ্টিদা যেল্লুরবদি ভৃগুগী ভার্য্যা থাংগৈশেনা ওইগ্রবরা ওইখিদ্রিবরা অসুম হায়না চিংনরদুনা পুলোমা কৌবা হিংচাবা অসিনা চাক্তুনা চৈনিবা মতুংগী মৈদা হন্ন হন্না হংলক্লে ॥ ২৬ ॥ হে অগ্নিদেব ! নংনা থম্বাই পানবা পুম্নমক্কী হবচং মনুংদা ইতত্তত্তনা চৈরিবনি, পাপ পুণ্যগী সাক্ষী নংতনা ওইনিবনি ; অদুনা খোংখোংপা শংলবা হে অগ্নি দেব ! ঐঙোন্দা ঙসি অচুম্বা তাকপিয়ু ॥ ২৭ ॥ ভৃগুনা মীনমতুনা হান্ন ঐগী ভার্য্যা ওইখ্রবী পুলোমাবু

শ্রুত্বা ত্বত্তো ভৃগোর্ভার্য্যাং হরিষ্যাম্যাশ্রমাদিমাম্। জাতবেদঃ! পশ্যতস্তে বদ সত্যাং গিরং মম ॥ ২৯ ॥

সৌতিরুবাচ।

তস্যৈতদ্বচনং শ্রুত্বা সপ্তার্চ্চির্দুঃখিতো ভৃশম্। ভীতোঽনৃতাচ্চ শাপাচ্চ ভৃগোরিত্যব্রবীচ্ছনৈঃ ॥ ৩০ ॥

অগ্নিরুবাচ।

ত্বয়া বৃতা পুলোমেয়ং পূর্বং দানবনন্দন!। কিং ত্বিয়ং বিধিনা পূর্বং মন্ত্রবন্ন বৃতা ত্বযা ॥৩১॥

পিত্রা তু ভৃগবে দত্তা পুলোমেয়ং যশস্বিনী। দদাতি ন পিতা তুভ্যং বরলোভান্মহাযশাঃ ॥ ৩২ ॥

অথৈনাং বেদদৃষ্টেন বিধিনা ক্রমপূর্বকম্। ভার্য্যামৃষির্ভৃগুঃ প্রাপ মাং পুরস্কৃত্য দানব! ॥৩৩॥

সেয়মিত্যবগচ্ছামি নানৃতং বক্তুমুৎসহে। নানৃতং হি সদা লোকে পূজ্যতে দানবোত্তম! ॥৩৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

পৌলোমে পুলোমাগ্নিসংবাদো নাম পঞ্চমোঽধ্যায়ঃ ॥ ০ ॥

——*ঃ)(ঃ*——

লোম্ন লৌখিবনি, অদুনদি শাস্ত্রগী নিযমদা থাংগৈশেংবা অশেংবা কনাগী ভার্য্যানো হায়বগ শেংনা হায়দোকপা চিংনকম লৈতে ॥ ২৮ ॥ ঐনা নংগী নফমদগী অচুম চুমদগী ৱা অসি তাবগা অগ্নি-দেব নংমককী মাংদা ঐ ঙসি মাবু আশ্রমদগী লোম্না পুগে। অদুনা হে অগ্নি! ঐঙোন্দা অশেংবা তাকপিরো ॥ ২৯ ॥

সৌতিনা হাযখি—পুলোমা কৌবা হিংচাবগী ৱা অসি তাবদা অগ্নিদেবনা থুমফম খংদবা মথৈ ৱামনা ৱাখি, মীনম্বা ঙাংবগা ভৃগুগী শাপকা অনিগী মবক্ত মুং অনিগী মবক্ত হাগুম লৈখি, কোম্থংদা তপনা হাযরকই ॥ ৩০ ॥ হে দানব শাগৈদা পোকলবা! চুমই, অহানবদা পিখিবা পুলোমা দেবীনি, অদুবু শাস্ত্রগী বিধি কাযদনা মন্ত্র পাঠ তৌদুনা মাবু নংনা লৌখিবদি নত্তে ॥ ৩১ ॥ পুলোমাগী মপানা মচা নুপী অসিবু ভৃগুগী মথুক্তা শাস্ত্র বিধি বাযদনা শিন্নবনা হানখ্রে, অদুগা ভৃগুমুনিদগী বর ফংননবগীদমক নংঙোন্দা পীখিদবনি ॥ ৩২ ॥ হে দানব! মহর্ষি ভৃগুনা বেদগী বিধান কাযদনা মৈ ঐবু মাংদা থমদুনা পুলোমাবু ভার্য্যা ওইনা লৌখিবনি ॥ ৩৩ ॥ পুলোমা অসে অদুগী পুলোমা অদুনি হাযবা অদুদি ঐ যামনা মুম্না খংই, মাদুদি ঐ মীনম্বা ঙম-লোই, মরমদি হে দানব অথোইবা! জগতা মীনম্ববু কনানসু পামনদে ॥ ৩৪ ॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারতা শ্লোক লিশিং চামনা, লেংবা ব্যাসগী সংহিতাদা আদি পর্ব্বগী মনুংদা পৌলোম কৌবদা পুলোমা অগ্নি সংবাদ কৌবা মঙা শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

——০ঃ(*)ঃ০——

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব—অগ্নিশাপ মোচনঃ

( তরুকশুবা অধ্যায়ঃ )

—(*)—

সৌতিরুবাচ।

অগ্নেরথ বচঃ শ্রুত্বা তদ্রক্ষঃ প্রজহাব তাম্। ব্রহ্মন্! বরাহরূপেণ মনোমারুতরংহসা ॥ ১ ॥

ততঃ স গর্ভো নিবসন্ কুক্ষৌ ভৃগুকুলোদ্বহ!। রোষান্মাতুশ্চ্যুতঃ কুক্ষেশ্চ্যবনস্তেন সোঽভবৎ ॥ ২ ॥

তং দৃষ্ট্বা মাতুরুদরাচ্চ্যুতমাদিত্যবর্চ্চসম্। তদ্রক্ষো ভস্মসাদ্ভূতং পপাত পরিমুচ্য তাম্ ॥ ৩ ॥

সা তমাদায় সুশ্রোণী সসার ভৃগুনন্দন!। চ্যবনং ভার্গবং পুত্রং পুলোমা দুঃখমূর্চ্ছিতা ॥৪॥

তাং দদর্শ স্বয়ং ব্রহ্মা সর্ব্বলোকপিতামহঃ। রুদতীং বাষ্পপূর্ণাক্ষীং ভৃগোর্ভার্য্যামনিন্দিতাম্ ॥ ৫ ॥

সান্ত্বয়ামাস ভগবান্ বধূং ব্রহ্মা পিতামহঃ। অশ্রুবিন্দূদ্ভবা তস্যা প্রাবর্ত্তত মহানদী ॥ ৬ ॥

অনুবর্ত্মাশ্রিতা তস্যা ভৃগোঃ পত্ন্যাস্তপস্বিনঃ। তস্যা মার্গং সৃতবতীং দৃষ্ট্বা তু সরিতং তদা ॥ ৭ ॥

নাম তস্যাস্তদা নদ্যাশ্চক্রে লোকপিতামহঃ। বধূসরেতি ভগবাংশ্চ্যবনস্যাশ্রমং প্রতি ॥৮॥ (যুগ্মকম্)

---

সৌতিনা হায়খি মহর্ষি শৌনক। পুলোমা কৌবা হিংচাবনা অগ্নিদেবগী ৱা তাবদা ঙংশিং অমদি পুক্নিংগী মতৌগুম যাংলবা ওক্নী মশক লৌহনা পুলোমা দেবীবু হুতুনা পুখ্রে ॥ ১ ॥ হে ভৃগু শাগৈগী অথোইবা শৌনক। মমাগী গর্ভদা লৈবম্বা জীব অদু অশাউবদগী চোংথোরকখি, মরম অদুনা অঙাং অদু ঙসি ফাউবা চ্যবন ঋষি অমুম হায়না ফাউরিবা অসিনি ॥ ২ ॥ মমা পুলোমাগী গর্ভ মনুং-দগী চোংথোবরুবা নুমিৎকা মাননা মশেক কল্লবা ভৃগুগী মচানিপা অঙাং অসিবু উবদা পুলোমা কৌবা হিংচাবা অসি খুদক্তা উং ওইখি, পুলোমা দেবীবু থাদোক্লম্লগা লৈমাইথক্তা চোযনা তাখি ॥৩॥ ভৃগুশাগৈগী অথোইবা হে শৌনক। তিংদা যাংদা যক্লববী অৱাবা মিপায়বনা থল্লবী পুলোমাদেবী অসি ভৃগুগী মচা চ্যবনবু পুন্দুনা আশ্রমদা হল্লক্লে ॥ ৪ ॥ অদুগী মতুংদা জগৎ পুম্বমক্কী পিতামহ ওইরবা ব্রহ্মানা করি উখিংগে হায়রবু— করিগুম্বা হিরমদা দোষ লৈত্রবী নিংথিজরবী পুলোমাদেবী মপুক্নিং লুংশিনা কপ্লদনা মমিৎ অনি অদু পীদনা থনখ্রে ॥ ৫ ॥ মতম অদুদা ভগবান্ ব্রহ্মানা মমৌ নুপী পুলো-মাবু মথল মথা অয়াম্বা ৱাহৈনা থেমজিনখি। অসোমদা পুলোমাগী মিৎতগী শিন্থরক্নপা পিতনা চাউ-রবা তুরেন অমা ওইখি ॥ ৬ ॥ তপস্যা কল্লবা, ভৃগুগী পত্নী অসি আশ্রম পাংনা চৎলমই, তুরেন অদুসু মাগী মতুং ইম্না চেল্লমই, মাহ উবদা তুরেন অদুবু ভগবান্ ব্রহ্মানা বধূসরা হায়না থোনখ্রে ॥ ৭—৮ ॥

স এবং চ্যবনো জজ্ঞে ভৃগোঃ পুত্রঃ প্রতাপবান্। তং দদর্শ পিতা তত্র চ্যবনং তাং চ ভামিনীম্।
স পুলোমাং ততো ভার্য্যাং পপ্রচ্ছ কুপিতো ভৃগুঃ॥ ৯ ॥

ভৃগুরুবাচ।

কেনাসি রক্ষসে তস্মৈ কথিতা ত্বং জিহীর্ষবে। ন হি ত্বাং বেদ তদ্রক্ষো মদ্ভার্য্যাং চারুহাসিনীম্॥ ১০ ॥
তত্ত্বমাখ্যাহি তং হ্যস্য শপ্তুমিচ্ছাম্যহং রুষা। বিভেতি কো ন শাপান্মে কস্য চায়ং ব্যতিক্রমঃ॥ ১১ ॥

পুলোমোবাচ।

অগ্নিনা ভগবংস্তস্মৈ রক্ষসেঽহং নিবেদিতা। ততো মামনয়দ্রক্ষঃ ক্রোশন্তীং কুররীমিব॥ ১২ ॥
সাহং তব সুতস্যাস্য তেজসা পরিমোক্ষিতা। ভস্মীভূতঞ্চ তদ্রক্ষো মামুৎসৃজ্য পপাত বৈ॥ ১৩ ॥

সৌতিরুবাচ।

ইতি শ্রুত্বা পুলোমায়া ভৃগুঃ পরমমন্যুমান্। শশাপাগ্নিমতিক্রুদ্ধঃ 'সর্ব্বভক্ষো ভবিষ্যসি'॥ ১৪ ॥
শপ্তস্তু ভৃগুণা বহ্নিঃ ক্রুদ্ধো বাক্যমথাব্রবীৎ। কিমিদং সাহসং ব্রহ্মন্ কৃতবানসি মাং প্রতি॥১৫॥
ধর্ম্মে প্রযতমানস্য সত্যঞ্চ বদতঃ সমম্। পৃষ্টো যদব্রবং সত্যং ব্যভিচারোঽত্র কো মম॥১৬॥
পৃষ্টো হি সাক্ষী যঃ সাক্ষ্যং জানানোঽপ্যন্যথা বদেৎ। স পূর্ব্বানাত্মনঃ সপ্ত কুলে হন্যাত্তথা পরান্॥১৭॥
যশ্চ কার্য্যার্থতত্ত্বজ্ঞো জানানোঽপি ন ভাষতে। সোঽপি তেনৈব পাপেন লিপ্যতে নাত্র সংশয়ঃ॥১৮॥

---

মতিক মগুণ লৈববা ভৃগুগী মচা অ'স মতম অহৃদগী হৌহনা চ্যবন অস্তুম হায়না যাংখে। ভৃগুনা মাগী আশ্রমদা লাকপদা মচা চ্যবনগা মাগী ভার্য্যা পুলোমাগা অনিবু উবে. অদুগী মতুংদা শাউহনা পুলোমাদা হংখি—॥৯। পুলোমা কৌবা হিংচাবনা নংবু হুডনা পুগে হায়না খনবা মতমদা মাগী মফমদা নংগী পরিচয় কনানা পিখিবনো? হিংচাবা অর্থাদ করিগুম্বা মতমদা নংবু মাগী ভয়ানি হায়না খংদবনি॥ ১০ ॥ অদুনা পুলোমা। নং হায়বু নংগী পরিচয় তাকপা মী অদো ঙসি শাপ ত্তেগে, কনানা ঐগী শাপপু কীদবা লৈবগে? কনানসু ঐগী শাপপু ফংদনা তোকখিবা লৈবগে।১১। পুলোমানা হায—ভগবন্ মহাক্তগী-মৈ অসিনা ঐগী পরিচয় হিংচাব অদুদা পিখিবনি। মতম অদুদা ঐসু কুবরী কৌবী উচেক্কুম খোঞ্জেন থোক্লা বপই, অদুদা হিংচাবা অদুনা ঐবু হুডনা পুরনি॥১২॥ অদুগী মতুংদা নংগী নচা অসিগী শক্তিনা ঐনা মাগী মখুত্তগী নান্থোকখিবনি, হিংচাবা অদুনা ঐনু থাদোক্লগা উৎ ওইনা মাংখি॥ ১৩॥ সৌতিনা হায়খি—পুলোমাগী বা তাবদা থোইনা শাউববা ভৃগুনা মৈদা শাপ তৌখি,—হে অগ্নি! নং ঙসিদগী হৌনা অশেং অমাং খায়দনা পুম্নমক চাবা ওইয়ু॥১৪॥ ভৃগুগী শাপ অসিদা অগ্নিদেবসু শাউহনা হায়বকই—ব্রাহ্মণ! ঐশোন্দা নংনা শাউবগী করি নতিক লৈ! ॥১৫॥

ঐদি মতম পুম্নমক্তা ধর্ম্মবু ঙাক্কে হোৎনরিবনি, মিচং মীখাব নাইদনা অচুম্বদা হায়রিবনি। হিংচাবা পুলোমানা হংবা অদুদা ঐদি অচুম্বদা খুমলিবনি, মাদুদা ঐগী করি ইরান লৈবগে? ॥১৬। হংলবা মতুংদা সাক্ষী অদুনা খংনা খংনা মীনম্বা প্রমাণ পীরবদি, মাহাক অদুনা মাগী হৌগ্নবা পুরোন তরেৎ তুংদা লাক্কদোবা পুরোন তরেৎ নরক তাহল্লি॥১৭॥ পাপ পুণ্যগী হৌফম ওইবা অচুম অশানবু মসিংনা

শক্তোঽহমপি শপ্তুং ত্বাং মান্যাস্তু ব্রাহ্মণা মম । জানতোঽপি চ তে ব্রহ্মন্ ! কথয়িষ্যে নিবোধ তৎ ॥১৯॥
যোগেন বহুধাত্মানং কৃত্বা তিষ্ঠামি মূর্ত্তিষু । অগ্নিহোত্রেষু সত্রেষু ক্রিয়াসু চ মখেষু চ ॥ ২০ ॥
বেদোক্তেন বিধানেন ময়ি যদ্ধূয়তে হবিঃ । দেবতাঃ পিতরশ্চৈব তেন তৃপ্তা ভবন্তি বৈ ॥ ২১ ॥
আপো দেবগণাঃ সর্ব্বে আপঃ পিতৃগণাস্তথা । দর্শশ্চ পৌর্ণমাসশ্চ দেবানাং পিতৃভিঃ সহ ॥ ২২ ॥
দেবতাঃ পিতরস্তস্মাৎ পিতরশ্চাপি দেবতাঃ । একীভূতাশ্চ পূজ্যন্তে পৃথক্ত্বেন চ পর্ব্বসু ॥২৩॥
দেবাশ্চ পিতরশ্চৈব ভুঞ্জতে ময়ি যদ্ধুতম্ । দেবতানাং পিতৄণাঞ্চ মুখমেতদহং স্মৃতঃ ॥২৪॥
অমাবস্যাং হি পিতরঃ পৌর্ণমাস্যাং হি দেবতাঃ । মন্মুখেনৈব হূয়ন্তে ভুঞ্জতে চ হুতং হবি ।
সর্বভক্ষঃ কথং তেষাং ভবিষ্যামি মুখং ত্বহম্ ॥২৫॥

সৌতিরুবাচ ।

চিন্তয়িত্বা ততো বহ্নিশ্চক্রে সংহারমাত্মনঃ । দ্বিজানামগ্নিহোত্রেষু যজ্ঞ-সত্র-ক্রিয়াদিষু ॥২৬॥
নিরোঙ্কারবষট্কারাঃ স্বধাস্বাহাবিবর্জ্জিতাঃ । বিনাগ্নিনা প্রজাঃ সর্ব্বাস্তত আসন্ সুদুঃখিতাঃ ॥ ২৭ ॥

---

উনা উনা অতঙ্গুম্বা সাক্ষী অনা থা গৈশেরবা থৌদোকপু সাক্ষী পিহনা তমথোক্ত্রবদি মহাকস্থ পাপ অত শোযদনা যংঙি হায়বসি থক চিংনগস্থ ॥১৮॥ ব্রাহ্মণ ! ঐসু নংবু শাপ তৌবা ঙম্বনি, অদুবু ব্রাহ্মণনি খন্দুনা ঐমক্তী ইকায় খুংঝমনি খন্দুনা নংবু শাপ তৌদবনি । নংনা খংলম্বসু যাই অদুবু ঐ নংঙোন্দা হায়গে তাউ ॥১৯॥ ঐনা যোগ সাধনতনা ইশামকপু শকক কয়াথোক্না থায়দোক্নুনা অগ্নিহোত্র, সত্রযাগ, উপনয়ন, অমদি সোগ যজ্ঞ অসিনাচিংবগী থবক্তা মথল মথা অযাম্বা মূর্ত্তি পুগুনা লৈরিবনি । ২০॥ যাজ্ঞিক ব্রাহ্মণশিংনা বেদগী বিধানগী মতুংইন্না বেদ পাঠ তৌদুনা ঘীনাচিংবনা ঐঙোন্দা আহুতি পিবিবনি, মাদুদনা দেবতাশিংনা অমদি পিতৃলোকশিংনা পেন্নরিবনি ॥২১॥ দেবতা পুম্নমক্কসু ঈশিংনি, পিতৃলোক পুম্নমকসু ঈশিংনি, ঈশিংগী মশক ওইববা দেবতাশিংগা পিতৃলোকশিংগা তিন্নরবা কালদা মখোয় মখোয়গীদমক্ত দর্শযাগ অমদি পৌর্ণমাসযাগ অসুম হায়ন থোকথিরবনি ।২২। মরম অদুন দেবতা হায়বসু পিতৃলোকশিংবুনি, পিতৃলোক হায়রিবা অসিসু দেবলোকপুনি । পর্ব্বগী মতমদা অনি অসিগী তিন্ননা লৈবা মতমদসু পূজা তৌনরিবনি, তোঙান তোঙানবা মওংদসু পূজা তৌগদবনি ॥ ২৩ ॥ দেবতাশিংনা অমদি পিতৃলোকশিংনা ঐঙোন্দা পিশিল্লকপা পোৎ অদুতা মখোযনা চায, অদুনা ঐ অসি দেবতাশিংগী অমদি পিতৃ বর্গগী মচিন্নি ॥ ২৪ ॥ ঐনা মখোয়গী মচিন ওই হায়দনা অমাবস্যাগী সুমিৎতা পিতৃলোকপু অমদি পূর্ণিমাগী সুমিত্তা দেবতাশিংবু ফংহন্নবা ঐগী চিন্দা পোৎশিং অদু থাজিল্লকই, মখোয়সু হবি অদু চাদুনা হিংঙি । অদনা ঐনা মখোয়গী মচিন ওইদুনা, লৈরি । অদুগসু করম্না ঐনা অশেং অমাং থাক্তনা খোথোৎপা চাবা "সর্ব্বভূক" ওইগদৌরিবনো ? ॥২৫॥

সৌতিনা হায়থি— অদুগী মতুংদা অগ্নিনা, ভৃগুনা তৌরম্বা শাপ অদুগী উপায থিদুনা দ্বিজাতিশিংগী অগ্নিহোত্রদা যজ্ঞদা সত্রদা, উপনয়ননচিংবা কর্ম্ম কাণ্ডদা, অমদি থোংথাকপনাচিংবগী থবক্তা মশাবু মশক উহনথিরে ॥২৬॥ মৈ লৈত্রবদুদা যজ্ঞনাচিংবা ধর্ম্মগী কর্ম্মদা ওঙ্কার, বষট্কার, স্বধা স্বাহানচিংবা কনাসু লৈয়ু য়াখিদ্রে, থোং থাকপগী থবক্তা মৈ য়াওদ্রবা অদুদা মী পুম্নমক চাব

অথর্ষয়ঃ সমুদ্বিগ্না দেবান্ গত্বাব্রুবন্ বচঃ । অগ্নিনাশাৎ ক্রিয়াভ্রংশাদ্ভ্রান্তা লোকাস্ত্রয়োঽনঘাঃ ! ॥২৮॥
"বিধধ্বমত্র যৎ কার্য্যং ন স্যাৎ কালাত্যয়ো যথা। অথর্ষয়শ্চ দেবাশ্চ ব্রহ্মাণমুপগম্য তু ॥২৯॥
অগ্নেরাবেদয়ন্ শাপং ক্রিয়াসংহারমেব চ। ভৃগুণা বৈ মহাভাগ! শপ্তোঽগ্নিঃ কারণান্তরে ।৩০। ( বিশেষকম্ )
কথং দেবমুখো ভূত্বা যজ্ঞভাগাগ্রভুক্ তথা। হুতভুক্ সর্ব্বলোকেষু সর্ব্বভক্ষত্ব মেষ্যতি ॥৩১॥
শ্রুত্বা তু তদ্বচস্তেষামগ্নিমাহূয় বিশ্বকৃৎ। উবাচ বচনং শ্লক্ষ্ণং ভূতভাবনমব্যয়ম্ ॥৩২॥
লোকানামিহ সর্ব্বেষাং ত্বং কর্ত্তা চান্ত এব চ। ত্বং ধারয়সি লোকাংস্ত্রীন্ ক্রিয়াণাঞ্চ প্রবর্ত্তকঃ ॥৩৩॥
স তথা কুরু লোকেশ! নোচ্ছিদ্যেরন্ যথা ক্রিয়াঃ। কস্মাদেবং বিমূঢ়স্ত্বমীশ্বরঃ সন্ হুতাশন! ॥৩৪॥
ত্বং পবিত্রঃ সদা লোকে সর্ব্বভূতগতিশ্চ হ। ন ত্বং সর্ব্বশরীরেণ সর্ব্বভক্ষত্বমেষ্যসি ॥৩৫॥
অপানে হ্যর্চ্চিষো যাস্তে সর্ব্বং ভক্ষ্যন্তি তাঃ শিখিন্!। ক্রব্যাদা চ তনুর্যা তে সা সর্ব্বং ভক্ষয়িষ্যতি ॥৩৬॥
যথা সূর্য্যাংশুভিঃ স্পৃষ্টং সর্ব্বং শুচি বিভাব্যতে। তথা ত্বদর্চ্চির্নির্দগ্ধং সর্ব্বং শুচি ভবিষ্যতি ॥৩৭॥
ত্বমগ্নে! পরম তেজঃ স্বপ্রভাবাদ্বিনির্গতম্। স্বতেজসৈব তং শাপং কুরু সত্যম্ঋষের্বিভো!।
দেবানাঞ্চাত্মনো ভাগং গৃহাণ ত্বং মুখে হুতম্ ॥৩৮॥

---

তুম্বগী শক্তি ব্রাংলক্তুনা থোক্‌দোক্লা অব্রাবদা তান্নরকলে ॥ ২৭ ॥ অতুগী মতুংদা ঋষি পুম্নমক্লা থোইদোক্লা লাংতক্লকুনা দেবতাশিংদা হায়রকই— হে লাইয়াম খিবিক। হৌজিক্কী মতমদা মৈনা লৈত্রবা অসিদা বৈদিক লৌকিক থবক পুম্নমক লেপখ্রে, মরোন অহুমগী মী পুম্নমক যাম্না ব্রানরে। মরম অমুনা থুনা যাম্না অসিগী প্রতিকার অমতা তৌথোকপিয়ু, অতগী মতু দা ঋষিশিং অমদি দেবতাশিংনা ব্রহ্মাগী মফমদা চত্তুনা অগ্নিগী শাপকী ব্রারি পুমনমক তমত্তুনা মরোন অহুমগী থবক পুমনমক লেপখিবগী ব্রা অসি তাইন্দুনা হায়খি— হে পুকচেল চাউববা ব্রহ্মন্! মহর্ষি ভৃগুনা ব বিগুম্বা মবম অমমগী শাপ তৌখ্রে ॥২৮—৩০॥ অগ্নিদেবনা দেবতা পুমনমক্কী চীল ওইত্তুনা লৈরগা অমদি যজ্ঞগী ইহাম হানবা শকক যাত্তুনা লৈবা অমা ওইরগা কবমনা অশেং অমাং খাক্তনা "সর্ব্বভূক" ওইগদগে ? ।৩১॥ দেবতাশিংগী ব্রা অসি তাবদা ব্রহ্মানা অগ্নিদেববু কৌবগা জীবশিংগী কাননফম ওইরবা অমাং অতা লৈত্রবা অগ্নিদেবদা অথোৎপা অথুম্বা ব্রাহৈনা হায়রকই ॥৩২॥

হে অগ্নিদেব! নংতনা জগৎ পুম্নমক্কী সৃষ্টি কর্ত্তানি, অতগা সংহারস্ম নংনা তৌরিবনি, অতগা অমুকস্থ মরোন অহুমবু বৈদিক কর্ম্মশিংবু হৌদোকপনি ॥৩৩॥ অতুনা লোক পুম্নমক্কী মপু ওইরবা! লৌকিক বৈদিক থবক পুম্নমকসি নংনা শিনবিয়ু। হে হুতাশন! নংনা জগৎকী মপু ওইরগা অসুম্না কন্নিগী তৌগদোবা থবক্তা পুকনিং চংদবগে ॥ ৩৪ ॥ জগৎ অসিদা নংতনা অশেংবা হায়বত্তু ওইরি, নংতনা জীব পানবা পুমনমকক্কী গতি ওইত্তুনা লৈরি, মরম অতুনা নংনা করিগুম্বা মতমদা হকচাং পুমনমকনা মরম ওইগনা "সর্ব্ব ভূক" হায়বত্তু ওইফম থোক্তে ॥ ৩৫ ॥ হে অগ্নিদেব! নহাক্কী মখা থাবা শক্তম লৈরিবা মৈরিশিং অতুনা পুমনমক চাবা হায়বত্তু ওইসনু ক্রব্যাদ হায়না কৌবা নংগী লৈরিবা মূর্ত্তি অতুনা পুমনমক চাব হায়বত্তু ওইগনি ॥ ৩৬ ॥ নুমিৎকী মতাল ফংলগা পোৎ পুমনমক শেংবা অতুগুমতুনা নংগী মৈরিনা চাকথেক্লগা পোৎ পুমনমক অশেংবা হায়বত্তু ওইগদৌবনি ॥ ৩৭ ॥ হে অগ্নিদেব! নংদি শক্তি পুমনমকনা থিজিনবনি, নংনা নখা মথক্তগী শক্তিনা অতক-

সৌতিরুবাচ।

এবমস্ত্বিতি তং বহ্নিঃ প্রত্যুবাচ পিতামহম্। জগাম শাসনং কর্ত্তুং দেবস্য পরমেষ্ঠিনঃ ॥৩৯॥

দেবর্ষয়শ্চ মুদিতাঃ প্রতিজগ্মুর্যথাগতম্। ঋষয়শ্চ যথাপূর্ব্বং ক্রিয়াঃ সর্ব্বাঃ প্রচক্রিরে ॥৪০॥

দিবি দেবা মুমুদিরে ভূতসঙ্ঘাশ্চ লৌকিকাঃ। অগ্নিশ্চ পরমাং প্রীতিমবাপ হতকল্মষঃ ॥৪১॥

এবং স ভগবান্ শাপং লেভেঽগ্নির্ভৃগুতঃ পুরা। এবমেষ পুরা বৃত্ত ইতিহাসোঽগ্নিশাপজঃ।

পুলোম্নশ্চ বিনাশোঽয়ং চ্যবনস্য চ সম্ভবঃ ॥ ৪২ ॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি পৌলোমে অগ্নিশাপমোচনো নাম ষষ্ঠোঽধ্যায়ঃ ॥৬॥

—০**০—

পগী মশক ওইবা শকফমবু নংনা পুরি। মরম অদুনা নশা নথন্তগী শক্তিনা মহর্ষি ভৃগুগী অভিশাপ অম্ববুসু অরেম্বদা তাহনগনু, অম্বগা নংগী নচীন্দা আহুতিগী মশক ওইহনা তারকপা পোৎ পুম্নমক নংনা দেবতাশিংগী অমদি লনাইগী শকক ওইনা ফংবা ওইয়ু ॥ ৩৮ ॥ সৌতিনা হায়খিফরে অদু মঙাযরে অম্মুম হায়হনা অগ্নিনা ব্রহ্মাদা পাউখুম পীখি, অদুগা ব্রহ্মাগী যাথং মতুং ইন্না থবক তৌবা হৌকরগে অম্মুমনা হায়হনা চৎখ্রে ॥ ৩৯ ॥ লাইযাম অমদি মুনিশিংসু মাগী মাগী লৈফমদা হন্নখরে, ঋষিশিংসু হান্নগী মতৌগুমনা যজ্ঞ কর্ম্মনচিংবা তৌনখ্রে ॥ ৪০ ॥ স্বর্গদা দেবতাশিংসু হরাউনরে, মর্ত্ত্যদা লৈবা তাইবংমীস্ম হরাউনরে অদুগা ব্রহ্মাগী ব্যবস্থা মতুং ইন্না মীনা তুক্কচনরবা মওং থাদোকতুনা অগ্নিদেবসু থোইদোক্না মুংঙাযবা, অপেনবা ফংখি ॥ ৪১ ॥ ভগবান্ অগ্নি দেবনা অহানবদা ভৃগুমুনিগী মফমদগী শাপ ফংখি, মৈগী মফমদা ভৃগুনা শাপ তৌখিবগী ইতিহাস মতৌ অম্মুমনা মমাংঙৈদগী তাম্নবকলি, অহনা মুনি পুম্নমক। পুলোমা হিংচাবনা ম্নাংখিবা চ্যবন ঋষিনা পোকপগী মতাং লীরবসিনি ॥ ৪২ ॥

মতাং অসিদ শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীবেদব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা পৌলোম কৌবা আদি পর্ব্বদা অগ্নিশাপ মোচন কৌবা তরুক শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

—:০:—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব—পৌলোমে প্রমদ্বরা সর্পদংশনঃ।

(ত্রয়োদশো অধ্যায়ঃ)

—০(*০—

সৌতিরুবাচ।

স চাপি চ্যবনো ব্রহ্মন্! ভার্গবোঽজনয়ৎ সুতম্। সুকন্যায়াং মহাত্মানং প্রমতিং দীপ্ততেজসম্ ॥১॥
প্রমতিস্তু রুরুং নাম ঘৃতাচ্যাং সমজীজনৎ। রুরুঃ প্রমদ্বরায়ান্তু শুনকং সমজীজনৎ ॥২॥
তস্য ব্রহ্মন্! রুরোঃ সর্ব্বং চরিতং ভূরিতেজসঃ। বিস্তরেণ প্রবক্ষ্যামি তচ্ছৃণু ত্বমশেষতঃ ॥৩॥
ঋষিরাসীন্মহান্ পূর্ব্বং তপোবিদ্যাসমন্বিতঃ। স্থূলকেশ ইতি খ্যাতঃ সর্ব্বভূতহিতে রতঃ ॥৪॥
এতস্মিন্নেব কালে তু মেনকায়াং প্রজজ্ঞিবান্। গন্ধর্ব্বরাজো বিপ্রর্ষে! বিশ্বাবসুরিতি স্মৃতঃ ॥৫॥
অপ্সরা মেনকা তস্য তং গর্ভং ভৃগুনন্দন!। উৎসসর্জ যথাকালং স্থূলকেশাশ্রমং প্রতি ॥৬॥
উৎসৃজ্য চৈব তং গর্ভং নদ্যাস্তীরে জগাম সা। অপ্সরা মেনকা ব্রহ্মন্! নির্দ্দয়া নিরপত্রপা ॥৭॥
কন্যামমরগর্ভাভাং জ্বলন্তীমিব চ শ্রিয়া। তাং দদর্শ সমুৎসৃষ্টাং নদীতীরে মহানৃষিঃ ॥৮॥

---

সৌতিনা হায়খি— ভৃগুগী মচা চাবনগী অমসু স্থকন্যা কৌবী ভার্য্যাগী গর্ভদা প্রমতি কৌবা মচা অমা পোকখি, তুংদা প্রমতি হায়বসি পুকচেল চাউবা অমদি তেজ লৈবা মী অমা ওইখি। ১॥ প্রমতি হায়বা অসিগী অমুকসু ঘৃতাচী কৌবী অপ্‌সরাগী গর্ভদা রুরু কৌবা মচা অমা পোকখি, প্রমদ্বরা কৌবী ভার্য্যাগী গর্ভদা রুরুগী শুনক কৌবা মচা অমা পোকখি ॥২॥ হে মহর্ষি শৌনক! থোইনা মপাঙ্গল চাউরবা রুরুগী পাক চাউরবা ৱাবি অদু শন্দোক্না লীজরক্কে ॥৩॥ মমাংদৌদা পন্নাই পানবা পুমনমক্কী কান্নবদা পুক্নিং চংলবা, তপস্যা কল্লবা, অমদি বিদ্যা হৈরবা, স্থূলকেশ কৌবা ফাউরবা মহর্ষি অমা লৈরমই ॥৪॥ হে ব্রহ্মর্ষি শৌনক! মহাক্কী মতমদা গন্ধর্ব্ব নিংথৌ বিশ্বাবসুনা মেনকা কৌবী অপ্‌সরাগা নোংমা সংসর্গ তৌখি ॥৫॥ হে ভৃগু নন্দন! মেনকাগী গর্ভদা বিশ্বাবসুগী ওইখিবা জীবদু স্থূলকেশগী আশ্রমদা পোকখি ॥৬॥ হে মহর্ষি শৌনক! হেক পোকপদা মুংশি থংদ্রবী, ইকায়বা লৈত্রবী অপ্‌সরা অদুনা মচা অদু তুরেন্দা থাদরুগে হায়তুনা পুতুনা চৎখ্রে ॥ ৭ ॥ মতিক চাউরবা স্থূলকেশনা করি উখিবগে হায়ববু কনাগুম্বা অমনা অঙাংমচা কন্যা অমাবু মীচিক মিরাওখোল তাত্রবা চীক্লবা তুরেন মপান্দা হুন্দোক্লম্লগা চৎখ্রে, অঙাং অদুগী মশেক মঙাল্লনা ইলং লংলমই, অঙাং অদু দেবকন্যাগী মতৌগুম নিংথিজরমই, অদুবু মাগী মনাক্তা কনাসু লৈরমদে। মাদু উবদা মহর্ষি অসিগী থমোইদা থোইদোক্না মুংশিবীবা অমা পোকখি। মহর্ষি স্থূলকেশনা অঙাং

স্থূলকেশঃ স তেজস্বী বিজনে বন্ধুবর্জিতাম্। স তাং দৃষ্ট্বা তদা কন্যাং স্থূলকেশো মহাদ্বিজঃ ॥৯॥
জগ্রাহ চ মুনিশ্রেষ্ঠঃ কৃপাবিষ্টঃ পুপোষ চ। ববৃধে সা বরারোহা তস্যাশ্রমপদে শুভে ॥১০॥ (বিশেষকম্)
জাতকাদ্যাঃ ক্রিয়াশ্চাস্যা বিধিপূর্ব্বং যথাক্রমম্। স্থূলকেশো মহাভাগশ্চকার সুমহামতিঃ ॥১১॥
প্রমদাভ্যো বরা সা তু সত্ত্ব-রূপ-গুণান্বিতা। ততঃ প্রমদ্বরেত্যস্যা নাম চক্রে মহানৃষিঃ ॥১২॥
তামাশ্রমপদে তস্য রুরুর্দৃষ্ট্বা প্রমদ্বরাম্। বভূব কিল ধর্ম্মাত্মা মদনোপহতস্তদা ॥১৩॥
পিতরং সখিভিঃ সোঽশ্রাবয়ামাস ভার্গবম্। প্রমতিশ্চাভ্যযাচত্তাং স্থূলকেশং যশস্বিনম্ ॥১৪॥
ততঃ প্রাদাৎ পিতা কন্যাং রুরবে তাং প্রমদ্বরাম্। বিবাহং স্থাপযিত্বাগ্রে নক্ষত্রে ভগদৈবতে ॥১৫॥
ততঃ কতিপয়াহস্য বিবাহে সমুপস্থিতে। সখীভিঃ ক্রীডতী সার্দ্ধং সা কন্যা বরবর্ণিনী ।১৬।
নাপশ্যৎ সম্প্রসুপ্তং বৈ ভুজগং তির্য্যগায়তম্। পদা চৈনং সমাক্রামন্মুমূর্ষুঃ কালচোদিতা ॥১৭॥
স তস্যাঃ সম্প্রমত্তায়াশ্চোদিতঃ কালধর্ম্মণা। বিষোপলিপ্তান্ দশনান্ ভৃশমঙ্গে ন্যপাতয়ৎ ॥১৮॥
সা দষ্টা তেন সর্পেণ পপাত সহসা ভুবি। বিবর্ণা বিগতশ্রীকা ভ্রষ্টাভরণচেতনা ॥১৯॥
নিরানন্দকরী তেষাং বন্ধূনাং মুক্তমূর্দ্ধজা। ব্যসুরপ্রেক্ষণীয়া সা প্রেক্ষণীয়তমাভবৎ ॥২০॥
প্রসুপ্তেবাভবচ্চাপি ভুবি সর্পবিষার্দ্দিতা। ভূয়োমনোহরতরা বভূব তনুমধ্যমা ॥২১॥

---

অসি কোন্দুনা পুকক্লগা মাগী আশ্রমদা য়োকখি। কন্যা অসি পুণ্য চেল্লবা মহর্ষিগী আশ্রমদা চাউখি। ৮—১০॥ পুবচেল চাউরবা মহর্ষি অসিনা কন্যা অসিগী শাস্ত্রবিধি কাযদনা জাতকর্ম্মনচিংবা থবক পুমনমক পাংথোকখি ॥১১॥ কন্যা অসি রূপত, গুণদা, অমদি স্বভাবতা অতৈ ঙপী পুমনমক্কগী থোইদোক হেন্দোকই হায়দুনা "প্রমদ্বরা" অস্নুম হায়না মমিং থোল্লে ॥১২॥ নোংমা রুরুনা স্থূল কেশগী আশ্রমদা লাকপদা প্রমদ্বরাবু উরুরে, ধর্ম্ম খংবা ওইদুনসু মাবু উবদা কামাতুর ওইখি ।১৩। অদুগী মতুংদা রুরুনা মমান্নবাশিং থাজিন্দুনা মপাদা মাগী মপুক্কিং অদু খংহনখি। মপা প্রমতিসু মচা রুরুগীদমক স্থূলকেশ মুনিগী মফমদা কন্যা অদু হায়জরকই।১৪।

অদুগী মতুংদা কন্যাগী মপা স্থূলকেশসু লাক্লিবা উত্তরফল্গুনী নক্ষত্রদা বিবাহ তৌরগা রুরুগী মখুত্তা কন্যা প্রমদ্বরাবু দান তৌগনি, হায়না ব্বাশক্লে ॥১৫॥ অদুগী মতুংদা লুহোংবগী মতম অহু য়ৌশিল্লক্লে, নোংমা প্রমদ্বরানা মতাশিংগা শান্ন শান্নিনা লাকপদা শান্নফম লৈকোন্দা থুংলবে; মফম অদুদা লিল অমা খোয়ত্রিং খোযদ্রাংনা তুমদুনা লৈরমই, প্রমদ্বরানা মাদু উরদ্রে, উদদুনা মখোংনা নেৎলুবদা লিল অদুনা চোংখৎলক্তুনা লাক্লে ॥ ১৬—১৭॥ অদু ফাউবদা শান্নবদা পুক্কিং চংখিবনা থোইনা থল্লুদে, শীযু হায়বা তমখিবনা মাগী মখোংদা লিল অদুনা হুনা থল্লবা মযা অদুনা কন্না চীকখি ॥১৮॥ লিল অদুনা চীকপদা প্রমদ্বরা কৌবী অসি লৈমাইথক্তা তুখি, হবচাং পুন্না তাইযেৎ তায় লালবা নিংথিরবা কুচু লৈখিদ্রে, যিজেৎ লৈতেং অপুন্বা হিকথদুনা তারী, জ্ঞান যাউদ্রে ॥১৯॥ মশম মনা ইচোই চোইনা তারি, থৱাই য়াউদবা হকচাং তুম্মিন্না তাদুনা লৈবে; মাদু উবদা মতাশিংগী থমোইদা থোইদোক্লা নুংঙাইতবা অৱাবা পোকখি। অদুক যক্লখুবা মশক অদু যেংবা য়াখিদরে ॥২০॥ সুপীমচা প্রমদ্বরা কৌবীদো লিলগী হুনা চাক্তুনা অমুক মিকপ থোক্লরোইদবগুম লৈমাই-

দদর্শ তাং পিতা চৈব যে চৈব্যান্তে তপস্বিনঃ। বিচেষ্টমানাং পতিতাং ভূতলে পদ্মবর্চ্চসম্ ॥২২॥
ততঃ সর্বে দ্বিজবরাঃ সমাজগ্মুঃ কৃপান্বিতাঃ । স্বস্ত্যাত্রেয়ো মহাজানুঃ কুশিকঃ শঙ্খমেখলঃ ।।২৩॥
উদ্দালকঃ কঠশ্চৈব শ্বেতশ্চৈব মহাযশাঃ । ভরদ্বাজঃ কৌণকুৎস্য আর্ষ্টিষেণোঽথ গৌতমঃ ।।২৪।। (যুগ্মকম্)
প্রমতিঃ সহ পুত্রেণ তথান্যে বনবাসিনঃ । তাং তে কন্যাং ব্যসুং দৃষ্ট্বা ভুজঙ্গস্য বিষার্দ্দিতাম্ ।।২৫।।
রুরুদুঃ কৃপয়াবিষ্টা রুরুস্ত্বার্ত্তো বহির্যযৌ । তে চ সর্ব্বে দ্বিজশ্রেষ্ঠাস্তত্রৈবোপাবিশ স্তদা ।।২৬।। (যুগ্মকম্)

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি পৌলোমে
প্রমদ্বরাসর্পদংশনো নাম সপ্তমোঽধ্যায়ঃ ।।০।।

——:(*):——

---

থক্তা তাদ্বনা লৈরে, অদুবু নিংথিববী মুপীমচা অদু হায়দগী ফজবগুম উরি ।।২১।। মপা স্থূলবেশ, অতোপ্পা তপস্বীশিংনা— থম্বাল লৈবিক্কী মতৌগুম বুচুনিংথিরবী প্রমদ্বরানা লৈমাইথক্তা লেংদনা তাদ্বনা লৈবদু উরে ।/২২।। অদুগী মতুংদা স্বস্ত্যাত্রেয়, মহাজানু, কুশিক, শঙ্খমেখল, উদ্দালক, কঠ, শ্বেত, ভরদ্বাজ, কৌণকুৎস্য, আষ্টিষেণ অমদি গৌতমনাচিংবা অথোইবা ঋষি পুমনমক্না স্থূলকেশবু মুংশিবদগী মফম অদুদা লাকখি ।।২৩—২৪ ॥ মচা রুরুগা লোইননা প্রমতিসু অমদি অতোপ অতোপ্পা বনবাসী পুমনমক লীলনা চীক্তুনা শীরিবা মুপী মচা অদু উবদা মুংশিবনা খোঞ্জেল থোক্না কপ্লখি। খৱাইদগী হেন্না ৱারবা রুরুনা আশ্রমদগী মপান্দা থোকখি, ব্রাহ্মণ অয়াম্বসু মপান্দা তুমিন তুমিন্না ফমদুনা লৈখি। ২৫—২৬।।

মাসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা পৌলোম কৌবা
আদি পর্ব্বদা প্রমদ্বরা সর্পদংশন কৌবা তরেৎশুবা অধ্যায় লোইবে ।।

—:(০):—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব—পৌলোমে প্রমদ্বারা জীবনঃ

( নিপালশুবা অধ্যায়ঃ )

—(*)—

সৌতিরুবাচ ।

তেষু তাত্রাপবিষ্টেষু ব্রাহ্মণেষু মহাত্মসু । রুরুশ্চুক্রোশ গহনং বনং গত্বাতিদুঃখিতঃ ॥১॥
শোকেনাভিহতঃ সোঽথ বিলপন্ করুণং বহু । অব্রবীদ্বচনং শোচন্ প্রিয়াং স্মৃত্বা প্রমদ্বরাম্ ॥২॥
শেতে সা ভুবিতন্বঙ্গী মম শোকবিবর্দ্ধিনী । প্রাণানপহরন্তীব পূর্ণচন্দ্রনিভাননা ॥৩॥
যদি পীনায়তশ্রোণী পদ্মপত্রনিভেক্ষণা । মুমূর্ষুরপি মে প্রাণানাদায়াশু গমিষ্যতি ॥৪॥
পিতৃমাতৃসগীনাঞ্চ লুপ্তপিণ্ডস্য তস্য মে । বান্ধবানাঞ্চ সর্ব্বেষাং কিং নু দুঃখমতঃ পরম্ ॥৫॥
যদি দত্তং তপস্তপ্তং গুরবো বা ময়া যদি । সম্যগারাধিতাস্তেন সঞ্জীবতু মম প্রিয়া ॥৬॥
যথা চ জন্মপ্রভৃতি যতাত্মাহং ধৃতব্রতঃ । প্রমদ্বরা তথাদ্যৈষা সমুত্তিষ্ঠতু ভামিনী ॥৭॥
কৃষ্ণে বিষ্ণৌ হৃষীকেশে লোকেশেঽসুরবিদ্বিষি । যদি মে নিশ্চলা ভক্তির্মম জীবতু সা প্রিয়া ॥৮॥

---

সৌতিনা হায়খি—পুকচেল চাউরবা ব্রাহ্মণশিংনা ফমখ্রবা কাল অদুদা থোইদোক্না হায়রবা লাংতক্লরবা রুরুনা অশুকপা বনদা কোয়চং চংতুনা খোঞ্জেন থোক্না লাউনা কপখি ॥১॥ অদুগী মতুংদা কায়ন মৈনা চাক্লবা রুরুনা সুংশি মুডোম্না কপ্না কপ্না চানথোইরবী প্রমদ্বরাবু নিংশিংখি, মথল মগা অয়াম্বা অৱাবা ফোংদোকপা হাইহৈনা অসুম হায়না কপ্তুনা হায়খি ॥২॥ ঐগী সুংশিজরবী প্রমদ্বরা হায়বিদো মখম্বাং চেংলবী তিংদা য়াংদা ফজরবী মায়থোংনা মপুং ফারবা থা মানবনিদা । অদুম ওইবী নিংথিজবীনা ঐগী অৱাবা ইপাক্তা থাদরম্লগা ঐগী থৱাই মডাবু চিংখিদুনা লৈমায়থক্তা তুমদুনা লৈরেদকো ॥৩॥ নীংজোন তাবা ফজরবী, মিৎনা থম্বাল লৈনা মান্‌বী, সুংশিজরবী প্রমদ্বরানা অশিবগী থয়াত্ত তাগ্রবা । অদু ওইরবদি ঐগী থৱাই মডাবু শোয়দনা পুহনা চংখিনী ॥ ৪ ॥ পিণ্ডদান পীবিনিংডাই লৈত্রবা ঐগী অমদি ইপা ইমা বন্ধুবান্ধব শাগে নাত্তে পুমনমক্কীসু অসিদগী হেন্না অমুক করি য়াফম লৈরিবগে ? ॥৫॥ ঐনা থর তৌজখিবা দান, তপস্যা অমদি গুরুজনগী সেবা পুমনমক অদুগী পুণ্যগী ফলনা থোইদোক্না সুংশিজরবী প্রমদ্বরানা অমুক হন্না হিংগৎলকপা ওইসনু ॥৬॥ ঐনা পোকপদগী হৌনা ইন্দ্রিয় খুদুম চন্দুনা ব্রহ্মচার্য্যনাচিংবা ব্রতবু কায়দনা চংচরকপা ওইরবদি প্রমদ্বরা হৌজিকমক হৌগৎলকপা ওইসনু ॥৭॥ কৃষ্ণ, বিষ্ণু, হৃষীকেশ, অমদি হিংচা য়াইতম পুমনমক মাংহন্নবা শ্রীনারায়ণগী মফমদা ঐগী লেংদবা ভক্তিমত্তুনা ওইরবা, অদু ওইরবদি, চানথোইবীদো ডসি হিঙ্গৎলকসনু ॥৮॥

বিলপ্যমানে তু রুরৌ সর্ব্বে দেবাঃ কৃপান্বিতাঃ। দূতং প্রস্থাপয়ামাসুঃ সন্দিশ্যাস্য হিতং বচঃ ॥৯॥
স দূতস্ত্ববিতোঽভ্যেত্য দেবানাং প্রিয়কৃচ্ছুচিঃ। উবাচ দেববচনং রুরুমাভাষ্য দুঃখিতম্ ॥১০॥
দেবৈঃ সর্ব্বৈরহং ব্রহ্মন্! প্রেষিতোঽস্মি তবান্তিকম্। হিতং হিতৈরুক্তং শৃণু বাক্যং দ্বিজোত্তম! ॥১১॥
অভিধৎসে হ যদ্বাক্যং রুরো! দুঃখেন তন্মৃষা। ন তু মর্ত্ত্যস্য ধর্ম্মাত্মন্! আয়ুরস্তি গতায়ুষঃ ॥১২॥
গতায়ুরেষা কৃপণা গন্ধর্ব্বাপ্সরসোঃ সুতা। তস্মাচ্ছোকে মনস্তাত! মা কৃথাস্ত্বং কথঞ্চন ॥১৩॥
উপায়শ্চাত্র বিহিতঃ পূর্ব্বং দেবৈর্মহাত্মভিঃ। তং যদীচ্ছসি কর্ত্তুং ত্বং প্রাপ্স্যসীহ প্রমদ্বরাম্ ॥১৪॥

রুরুরুবাচ।

ক উপায়ঃ কৃতো দেবৈর্ব্রূহি তত্ত্বেন খেচর!। করিষ্যেঽহং তথা শ্রুত্বা ত্রাতুমর্হতি মাং ভবান্ ॥১৫॥

দেবদূত উবাচ।

আয়ুষোঽর্দ্ধং প্রযচ্ছ ত্বং কন্যায়ৈ ভৃগুনন্দন!। এবমুত্থাস্যতি রুরো! তব ভার্য্যা প্রমদ্বরা ॥১৬॥

রুরুরুবাচ।

আয়ুষোঽর্দ্ধং প্রযচ্ছামি কন্যায়ৈ খেচরোত্তম!। শৃঙ্গাররূপাভরণা সমুত্তিষ্ঠতু মে প্রিয়া ॥১৭॥

সৌতিরুবাচ।

ততো গন্ধর্ব্বরাজশ্চ দেবদূতশ্চ সত্তমৌ। ধর্ম্মরাজমুপেত্যেদং বচনং প্রত্যভাষতাম্ ॥১৮॥

---

রুরুনা মতৌ অসুমনা খোল্লেল খোল্লা লাওনা কপ্পকলবদা রুরুগী কান্নবা ৱা খবদং হাযরুচো হাযরুনা রুরুবু নুংশিবিববা দেবতাশিংনা দূত অমা থোবকই ॥৯॥ দেবতাশিংনা হাযবদা ইল্লবা থগোই শেংলবা দূত অদুনা মফম অদু তাল্লা লাক্লুনা ৱাববা রুরুবু বোদুনা দেবতাশিংনা হাযরকপা ৱাশিং অদু তমখি ॥১০॥

ব্রাহ্মণ! দেবতা পুম্নমক্না তিন্নদুনা ঐবু নহাককী নফমদা থাবকলিবসিনি, মখোযদি নংগী ফনবদা খল্লিবনি; নহাককী যননবগীদমক্ত মখোযনা হাযবকপদো তমগে তাউ ॥ ১১ ॥ রুরু! অৱাবনা তপথবা নৈতনা নংনা বনদা হায়খিব্রবা লাউখিব্রবশিং অদো অবেদ্বা কান্নদবা ওাক্তনি। মরমদি, পুন্‌সি লোইরদুনা মী মহাক অদুগী চৎখিব্রবা থৱাইনা অমুক হল্লকপা হাযবদো ওইথোক্তবনি ॥ ১২ ॥ গন্ধর্ব্ব অমদি অপ্সরা অসিনা পোকপা কন্যা অদুগী পুনসি লোইখিব্রবনি। অদুনা ব্রহ্মণ! অদুগীদমক থোইনা ৱারুরগনু ॥ ১৩ ॥ অসিগুম্বা মতাংদা মমাংদগী পুকচেল চাউবা দেবতাশিংনা উপায় অমদি হায়খি, মাদু নংনা তৌবা ওমলবদি প্রমদ্বরা অসি অমুক হিংলকপা যানা লৈরি ॥ ১৪ ॥ রুরুনা হায়খি— হে দেবদূত! দেবতাশিংনা করি উপায় হাযবিরবপগে তাকপিয়ু, মাদু তারে হায়রগা ওহনখৈ তৌজগে, দেবদূতনা ঐবু চানবিয়ু ॥ ১৫ ॥ দেবদূতনা হাযখি— হে ভৃগুনন্দন! শিখিব্রবা কন্যা অসিদা বিধাতানা তমলকপা নংগী পুনসিগী তংখায় অমা পিথোকউ, অদু ওইরবদি প্রমদ্বরা অসি হৌজিমক শোইদনা হিংগৎলক্কনি ॥ ১৬ ॥ রুরুনা হায়খি— অত্তিয়াদা কোয়চৎ চত্তুনা লৈরিবা হে দেবদূত! ঐ য়াজরে, ঐগী পুন্‌সিগী তংখায় মহাক্না পিথোক্লবনি। হৌজিকমক চান-থোইরবী প্রমদ্বরাবু হাল্লগী মতোগুম ফিজেৎ লৈতেংলদুনা হৌগৎহলবিরো ॥ ১৭ ॥

সৌতিনা হায়খি— অদুগী মতুংদা প্রমদ্বরাগী মপা গন্ধর্ব্ব নিংথৌ বিশ্বাবসু অমদি মপুকচেল

ধর্ম্মরাজায়ুষোঽর্দ্ধেন রুরোর্ভার্য্যা প্রমদ্বরা । সমুত্তিষ্ঠতু কল্যাণী মৃতৈবং যদি মন্যসে ॥১৯॥

ধর্ম্মরাজ উবাচ।

প্রমদ্বরাং রুরোভার্য্যাং দেবদূত ! যদীচ্ছসি। উত্তিষ্ঠত্বায়ুষোঽর্দ্ধেন রুরোরেব সমন্বিতা ॥২০।

সৌতিরুবাচ ।

এবমুক্তে ততঃ কন্যা সোদতিষ্ঠং প্রমদ্বরা। রুরোস্তস্যায়ুষোঽর্দ্ধেন সুপ্তেব বরবর্ণিনী ॥২১॥

এবং দৃষ্টং ভবিষ্যে হি রুরোরুত্তমতেজসঃ । আয়ুষোঽতিপ্রবৃদ্ধস্য ভার্য্যার্থেঽর্দ্ধমলুপ্যত ॥২২॥

তত ইষ্টেঽহনি তয়োঃ পিতরৌ চক্রতুর্মুদা। বিবাহং তৌ চ রেমাতে পরস্পরহিতৈষিণৌ ॥২৩॥

স লব্ধ্বা দুর্লভাং ভার্য্যাং পদ্মকিঞ্জল্কসুপ্রভাম্। ব্রতং চক্রে বিনাশায় জিহ্মগানাং ধৃতব্রতঃ ॥২৪॥

স দৃষ্ট্বা জিহ্মগান্ সর্ব্বান্ তীব্রকোপসমন্বিতঃ । অভিহন্তি যথাসন্নং গৃহ্য প্রহরণং সদা ॥২৫॥

স কদাচিদ্বনং বিপ্রো রুরুরভ্যাগমন্মহৎ । শয়ানং তত্র চাপশ্যৎ ডুণ্ডুভং বয়সান্বিতম্ ॥২৬॥

তত উদ্যম্য দণ্ডং স কালদণ্ডোপমং তদা। জিঘাংসুঃ কুপিতো বিপ্রস্তমুবাচাথ ডুণ্ডুভঃ ॥২৭॥

---

ফজরবা দেবদূত অনিনা যমরাজগী মযমদা চত্তুনা হায়রকই ॥১৮॥ ধর্ম্মরাজ ! রুরুগী ভার্য্যা নিংথিজরবী প্রমদ্বরা হায়রিবদু শিরে, চানবিরবদি মাগী পুনশি লোইখ্রবস্ন রুরুগী পুনশি তংখায় অমা মাডোন্দা হাপ্লিত্তুনা হিংগৎহনবিয়ু ॥ ১৯ ॥ যমরাজনা হায়খি— দেবদূত ! মাগী পুনসি তংখায় পিথোক্তুনা রুরুনা মাগী ভার্য্যাযু হিংগৎ হন্নিংলবদি, রুরুগী পুনসি তংখাযত্তুনা হৌজিমক প্রমদ্বরা অসি অমুক হিঙ্গৎলকপা ওইবসনু ॥ ২০ ॥ সৌতিনা হায়খি— যমরাজনা অশুম হায়রবদা নিংজরবী কন্যা প্রমদ্বরা অদু রুরুগী পুনসি তখাইনা মাগী আয়ু লোইরদনা শিরুবদগী অমুক হিঙ্গৎলকলে ॥ ২১ ॥ মতিক মগুণ চাউবরা রুরু অসি মপুনসি ফনা য়ামনা শাংনা পোকপনি, অদুবু মাগী মুপীদা তখায় অমা পিগোকখিবনা মপুনসি তেনবা ওইখি, যোগীশিংনা অমদি জ্যোতিষকী পণ্ডিতশিংনা রুরুগী তুংগী পুনসিদা করি ওইরক্কদগে হায়রবস্ন মুন্না য়েংখ্রবনি ॥ ২২ ॥ অদুগী মতুংদা রুরুগী মপা প্রমতিগা অমদি কন্যাগী মপা স্থূলকেশগা অনি অসিনা ফরবা লগ্ন অমা থন্দুনা শুভদিন অদুদা বর-কন্যা অনিমক্কী শুভবিবাহ পাংথোকখি, বর-কন্যা অনি মকসু অমগা ২ থোইন মুংশিনদুনা, অমনা অমগী ফনবতা তৌনদুনা মুংশাইনা লৈমিন্নখি ॥ ২৩ ॥ রুরুনা থম্বাল লৈরিককী কুচু মাল্লবী, ডোরবী, তাঙনা ফংলবী, চান্নথোইরবী প্রমদ্বরাবু ফংদুনা অহিংসা ব্রত তৌন তৌনা লিলগী শাগে পুম্নমক মাংননবগী ব্রত অদুমদি কন্না তৌখ্রে ॥ ২৪ ॥

রুরুনা লিলনিতবু হায়রবদি করিগুম্বা মশক মওংগী করিগুম্বা লিল অমবু হেক উবদা মখুত্ত খুংলাই পায়দুনা হেক্তুমক হাৎলে ॥ ২৫ ॥ নোংমা রুরুনা শোংলবা বন অমদা চংখি— চাউরবা ডুণ্ডুভ কৌবা চাউখ্রবা লিল অমা তুমদুনা লৈবদু উরুরে ॥ ২৬ ॥ অদুগী মতুংদা যমদণ্ডগী মতৌঙম

নাপরাধ্যামি তে কিঞ্চিদহমদ্য তপোধন।। সংরম্ভাচ্চ কিমর্থং মামভিহংসি রুষান্বিতঃ ? ॥২৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

পৌলোমে প্রমদ্বরাজীবনো নাম অষ্টমোঽধ্যায়ঃ ॥৮॥

—০:*:০—

লবা চৈতুপ অদু থাংগৎতুনা লিল অদ্দো ফুরুরে, লিল অতুনা রুরুদা হায়খি ॥ ২৭ ॥ হে তপস্যা কল্লবা ব্রাহ্মণ ! ঐনা নংগী নফমদা করিস্থ লানথিদে, অহুগা করিগীনো নংনা ঐঙোন্দা ফুররিবা ? ॥২৮॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা পৌলোম কৌথা আদি পর্ব্বদা প্রমদ্বরা পুনর্জীবন কৌবা নিপাল শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

—০:*:০—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব—পৌলোমে সর্পসত্রপ্রস্তাবনং

(মাপাল শুবা অধ্যায়ঃ)

—(*)—

রুরুরুবাচ।

মম প্রাণসমা ভার্য্যা দষ্টাসীদ্ভুজগেন হ। তত্র মে সময়ো ঘোর আত্মনোবগ! বৈ কৃতঃ ॥১॥

ভুজঙ্গং বৈ সদা হন্যাং যং যং পশ্যেয়মিত্যুত। ততোঽহং ত্বাং জিঘাংসামি জীবিতেনাদ্য মোক্ষ্যসে ॥২॥

ডুণ্ডুভ উবাচ।

অন্যে তে ভুজগা ব্রহ্মন্! যে দশন্তীহ মানবান্। ডুণ্ডুভানহিগন্ধেন ন ত্বং হিংসিতুমর্হসি ॥৩॥

একানর্থান্ পৃথগ্ধর্ম্মান্ একদুঃখান্ পৃথক্সুখান্। ডুণ্ডুভান্ ধর্ম্মবিদ্ভূত্বা ন ত্বং হিংসিতুমর্হসি ॥৪॥

সৌতিরুবাচ।

ইতি শ্রুত্বা বচস্তস্য ভুজগস্য রুরুস্তদা। নাবধীদ্ভয়সংবিগ্নমৃষিং মত্বাথ ডুণ্ডুভম্ ॥৫॥

উবাচ চৈনং ভগবান্ রুরুঃ সংশময়ন্নিব। কেন ত্বং ভুজগ! ব্রূহি কোঽসীমাং বিক্রিয়াং গতঃ ॥৬॥

---

রুরুনা হায়খি— লিল! কনাগুম্বা লিল অমনা ঐগী থবাইগা মান্নবা চান্নথোইরবীবু চীকখি, অদুদগী ঐনা হেক উবা লিলমখৈ হাৎকে হায়দুনা ব্রাশকখ্রে ॥ ১ ॥ হেক অউবা লীল মখৈ হাৎকে হায়দুনা ব্রাশকখিবনা নংবুসু হাৎকে হায়না নিংলে, ঙসিদি ঐগী ইখুত্তা নথবাই থারগদৌবনি ॥২॥ ডুণ্ডুভ কৌবা অহল ওইরবা লিল অদুনা হায়খি— ব্রাহ্মণ! মীচীকপা লিলশিং অদুদি অতোপ্পা লিল জাৎ অমনি, অদুনা লিলনি হায়দুনসু ডুণ্ডুভ কৌবা লিল জাৎ ঐখোয়বুদি-নংনা হাৎফম থোক্তে- ॥৩॥ থুগোংথিবনা মওং অমা লমচৎনা অতোপ্পা মওং অমা অমদি অৱা-নুংঙাইবনা মওং অমা ওইনা লৈরবা অদুগা অতোপ্পা লিলগা মান্নদ্রবা ডুণ্ডুভ-কৌবা ঐখোযবুদি ধর্ম্ম খংলবা নংনা হাৎপা চুমদে ॥ ৪ ॥ সৌতিনা হায়খি— মতৌ অসুমনা রুরুনা লীল অদুগী ৱা তাবদা কীবদুনা, কনাগুম্বা মুনি অমা ওইরমাক্লে খল্দুনা লিল অদুবু হাৎত্রে ॥৫॥ মতিক মগুণ চাউরবা রুরুনা লিলগী মশক লোয়না লৈরিবা মহর্ষি অদুবু থেমজিনলগা অসুম হায়খি— হে লিল! নংবু কনানো? করিগী

ডুণ্ডুভ উবাচ।

অহং পুরা রুরো! নাম্না ঋষিরাসং সহস্রপাৎ। সোঽহং শাপেন বিপ্রস্য ভুজগত্বমুপাগতঃ ॥৭॥

রুরুরুবাচ।

কিমর্থং শপ্তবান্ ক্রুদ্ধো দ্বিজস্ত্বাং ভুজগোত্তম!। কিয়ন্তং চৈব কালং তে বপুরেতদ্ভবিষ্যতি? ॥৮॥

ডুণ্ডুভ উবাচ।

সখা বভূব মে পূর্বং খগমো নাম বৈ দ্বিজঃ। ভৃশং সংশিতবাক্ তাত! তপোবলসমন্বিতঃ ॥৯॥

স ময়া ক্রীড়তা বাল্যে কৃত্বা তার্ণং ভুজঙ্গমম্। অগ্নিহোত্রে প্রসক্তস্তু ভীষিতঃ প্রমুমোহ বৈ ॥১০॥

লব্ধ্বা স চ পুনঃ সংজ্ঞাং মামুবাচ তপোধনঃ। নির্দহন্নিব কোপেন সত্যবাক্ সংশিতব্রতঃ ॥১১॥

যথাবীর্য্যস্ত্বয়া সর্পঃ কৃতোঽয়ং মদ্বিভীষয়া। তথাবীর্য্যো ভুজঙ্গস্ত্বং মম শাপাদ্ভবিষ্যসি ॥১২॥

তস্যাহং তপসো বীর্য্যং জানমানস্তপোধন!। ভৃশমুদ্বিগ্নহৃদয়স্তমবোচমহং তদা।

প্রণতঃ সম্ভ্রমাচ্চৈব প্রাঞ্জলিঃ পুরতঃ স্থিতঃ ॥১৩॥

সখেতি হসতেদং তে নর্মার্থং বৈ কৃতং ময়া। ক্ষন্তুমর্হসি মে ব্রহ্মন্! শাপোঽয়ং বিনিবর্ত্ত্যতাম্ ॥১৪॥

সোঽথ মামব্রবীদ্দৃষ্ট্বা ভৃশমুদ্বিগ্নচেতসম্। মুহুরুষ্ণং বিনিশ্বস্য সুসংভ্রান্তস্তপোধনঃ ॥১৫॥

নানৃতং হি ময়া প্রোক্তং ভবিতেদং কথঞ্চন। যত্তু বক্ষ্যামি তে বাক্যং শৃণু তন্মে তপোধন ॥১৬॥

---

দমক্তা লিলগী মশক লৌহনা লৈবিবনো ? ॥ ৬ ॥ লিলন খুমই— রুরু! ঐ অসি অহানবদা সহস্রপাৎ কৌবা ঋষি ওইবমই, ব্রাহ্মণগী শাপতগী লিল ওইহনা লৈবিবনি ॥ ৭ ॥ রুরুনা হাযখি— হে লিল অথোইবা! কবিগী দমক ব্রাহ্মণ অহনা শাউদুনা শাপ তৌখ্রিবনো ? কয়া কুইনা লিল ওইহনা লৈখিগদৌবিবনো ? ॥ ৮ ॥ লিল অদুনা খুমই— খগম কৌবা কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ অমা ঐগী মরূপ ওইনা লৈবমই, ইবুংঙো! মান হাযপিবা ৱা অমতা অরেম্বদা মাংদে, যামনা তপস্যা কব্বা ব্রাহ্মণ অমা ওইরমই ॥ ৯ ॥ নোংম মহাক্না অগ্নিহোত্র যজ্ঞ অমা তৌরমই, ঐস্না অঙাং ওইবগী শাম্নবদা সুংঙাইখিদুনা নাপীনা লিল অমা শাদুনা মাবু খংহল্লুবে, মাস্না খংখিবনা মূর্চ্ছা ফংদুনা লৈমায় থক্ত তুখি ॥ ১০ ॥

অচুম্বা ঙাংলবা, ব্রত কল্লবা, খগম কৌবা তপস্বীনা. অমুক জ্ঞান তারক্লুনা ঐবু শাউবনা মৈ হৌদুনা অস্মুন হাযখি ॥১১॥ ঐবু কিহনগে হায়দুনা নহাক্না ঙসি মহু য়াউদবা লিল অমা শাহনা ঐবু খংহনখিবা অদুগীদমক নংস্মু ঐগী শাপ্তগী মহু য়াউদবা লিল অমা ওইরো ॥১২॥ হে তপস্যা কল্লবা রুরু! ঐনা মাগী তপস্যাগী শক্তি খংঙি; অহনা ঐগী পুক্নিং অসি অম্বক য়াম্না লাংতক্ক-খিবনি, মরম অদুনা ঐস্না কিননা মথোন্দা খুৎ লোম্নদুনা হায়খি ॥১৩॥ ঐনা নংবু মরূপনি হায়দুনা ফাগি তৌহনা নোকমিন্নসি হাযদুনা লংনরুবনি ব্রাহ্মণ! হন্দক্কীসিদদি নং মরূপ অমা ওইনা ঙাকপিয়ু শাপ অসি অমুক হন্দোকপিয়ু ॥১৪॥ অদুগী মতুংদা খগমন কৌবা তপস্বীনা পুক্নিংদা য়াম্না লাংতক্কবা ঐবু উবদা, মশামকন্থ যাম্না সুংঙাইত্রদুনা সুংশা মপী থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা ঐঙোন্দা হায়খি ॥১৫॥ ঐ মীনম্বা ৱা খক ঙাংখিদে, ঐনা হায়দোকখ্রবা ৱা অহ লোয়দনা ওইগনি। অদুনা ঐ নত্তোন্দা

শ্রুত্বা চ ত্বদি তে বাক্যমিদমস্তু সদানঘ। উৎপৎস্যতি রুরুর্নাম প্রমতেরাত্মজঃ শুচিঃ ॥১৭॥
তং দৃষ্ট্বা শাপমোক্ষস্তে ভবিতা নচিরাদিব। এবমুক্তস্ত তেনাহমুরগত্বমবাপ্তবান্ ॥১৮
স ত্বং রুরুরিতি খ্যাতঃ প্রমতেরাত্মজোঽপি চ। স্বরূপং প্রতিপদ্যাহমদ্য বক্ষ্যামি তে হিতম্ ॥১৯॥

সৌতিরুবাচ।

স ডৌণ্ডুভং পরিত্যজ্য রূপং বিপ্রর্ষভস্তদা। স্বরূপং ভাস্বরং ভূয়ঃ প্রতিপেদে মহাযশাঃ ॥২০॥
ইদঞ্চোবাচ বচনং রুরুমপ্রতিমৌজসম্। অহিংসা পরমো ধর্ম্মঃ সর্বপ্রাণভৃতাং স্মৃতঃ ॥২১॥
তস্মাৎ প্রাণভৃতঃ সর্বান্ ন হিংস্যাদ্ব্রাহ্মণঃ কচিৎ। ব্রাহ্মণঃ সৌম্য এবেহ ভবতীতি পরা শ্রুতিঃ ॥২২॥
বেদবেদাঙ্গবিত্তাত! সর্ব্বভূতাভয়প্রদঃ। অহিংসা সত্যবচনং ক্ষমা চেতি বিনিশ্চিতম্ ॥২৩॥
ব্রাহ্মণস্য পরো ধর্ম্মো বেদানাং ধারণাপি চ। ক্ষত্রিয়স্য হি যো ধর্ম্মঃ স হি নেষ্যেত বৈ তব ॥২৪॥ (যুগ্মকম্)
দণ্ডধারণমুগ্রত্বং প্রজানাং পরিপালনম্। তদিদং ক্ষত্রিয়স্যাসীৎ কর্ম্ম বৈ শৃণু মে রুরো! ॥২৫॥
জনমেজয়স্য যজ্ঞেঽস্মিন্ সর্পাণাং হিংসনং পুরা। পরিত্রাণঞ্চ ভীতানাং সর্পাণাং ব্রাহ্মণাদপি ॥২৬॥
তপোবীর্য্যবলোপেতাদ্বেদবেদাঙ্গপারগাৎ। আস্তীকাদ্দ্বিজমুখ্যাদ্বৈ সর্পসত্রে দ্বিজোত্তম! ॥২৭॥ (যুগ্মকম্)

রুরুরুবাচ।

কথং হিংসিতবান সর্পান স রাজা জনমেজয়ঃ। সর্পা বা হিংসিতাস্তত্র কিমর্থং দ্বিজসত্তম! ॥ ২৮ ॥

---

ব্বা অমা হাযগে তাও ॥১৬॥ হে পাপ য়াউব্রবা ব্রাহ্মণ। ঐনা হাযরিবা ব্বা অসি নং খক কাওগম্মু, মতম অমদা রুরু কৌবা প্রমতিগী মচা অমা পোক্কনি ॥১৭॥ মাগী মশক হেক উবদা নংঙোন্দা লৈরিবা শাপ অদু থুনা কোক্কনি। অসি হাযবা হেক লোইবদা ঐ লিল ওলদুনা হৌজিক ফাওবা লৈবিবসিনি ॥১৮॥ অদুডৈ মানা হাযবম্বা রুরু হাযবদু নহাক্নি অদুগা প্রমতিগী মচা হাযখিবদুসু নহাক্নি। মবম অদুনা ঙসি ঐ হান্নগী ইশক অদুদা হপ্পিল্লগা নংগী কান্নবা ব্বা হাযগে তাউ ॥১৯॥ সৌতিনা হায়খিঃ—ডুণ্ডুভ কৌবা লিল অদু লিলগী মশক থাদোক্তুনা, হান্নগী নিংথিজববা মশক অদু লৌখ্রে ॥২০॥ মতিক মগুণ চাউরবা রুরুদা ব্বা অসি হায়খিঃ—খ্বাইদগী অথোইবা ধর্ম্ম হায়ববু থব্বাইপানবগী মফমদা হিংসা তৌদবা অসিতনি ॥২১॥ অদুনা ব্রাহ্মণ! মতমলৈবাখিবিক্ত হেক লৈরিবা জীব পানবগী মফমদা অচৌ অপিশক খায়দনা হিংসা তৌরোইদবনি, মতম অয়াম্বদা ব্রাহ্মণ হাযবসিনা শাওদনা, ঈংনা, লৈগদৌবনি অসিনা বেদগী অথোইবা পাউতাকনি ॥২২॥ হে ব্রাহ্মণ! ব্রাহ্মণ হায়বসিনা বেদ বেদাঙ্গ লোইনা খংগদৌবনি, অদুগা থব্বাই পানবা পুম্নমক্তা অভয় দান তৌগদৌবনি। হিংসা তৌদবা, অচুম্বা ঙাংবা, কনবিহৈবা, থমোইদা বেদগী জ্ঞান থম্বা, হায়রিবা পুম্বসি ব্রাহ্মণগী অথোইবা ধর্ম্মনি। অদুগা ক্ষত্রিয়শিংগী ধর্ম্মদি ব্রাহ্মণগী ধর্ম্মসিগা মান্নদে ॥২৩—২৪॥

ফত্তবা মীশিংবু ব্বারকপা, মীবু কিহনবা, অমদি প্রজাবু য়োকপনা ক্ষত্রিয়গী ধর্ম্মনি। রুরু! মাসিগী ব্বারি তাউ ॥ ২৫ ॥ মমাংঙৈদা লিলগী যজ্ঞদা নিংথৌ জনমেজয়না লিলগী বংশ পুম্নমক তুমহনখি; অদুদগী অমুক তপস্যা কল্লবা, পুক্লিংগী পাঙল লৈরবা অমদি বেদ বেদাঙ্গ পুম্বা হৈবা ব্রাহ্মণ অথোইবা আস্তীকনা লিলবংশ পুম্বা মুৎকদবদগী কনখি ॥ ২৬-২৭ ॥ রুরুনা হায়খি—হে

কিমর্থং মোক্ষিতাশ্চৈব পন্নগাস্তেন ধীমতা। আস্তীকেন দ্বিজশ্রেষ্ঠ! শ্রোতুমিচ্ছাম্যশেষতঃ ।।২৯।।

ঋষিরুবাচ।

শ্রোষ্যসি ত্বং রুরো! সর্বমাস্তীকচরিতং মহৎ। ব্রাহ্মণানাং কথয়তাং ত্বরাবান্ গমনে হ্যহম্ ।। ৩০ ।।

সৌতিরুবাচ।

ইত্যুক্ত্বান্তর্হিতে যোগাৎ তস্মিন্নৃষিবর প্রভো! সম্ভ্রমাবিষ্টহৃদয়ো রুরুর্মেনে তদদ্ভুতম্ ।।৩১।।
বলং পরমমাস্থায় পর্য্যধাবৎ সমন্ততঃ। তমৃষিং নষ্টমন্বিচ্ছন্ সংশ্রান্তো ন্যপতদ্ভুবি ।।৩২।।
স মোহং পরমং গত্বা নষ্টসংজ্ঞ ইবাভবৎ। তদৃষের্বচনং তথ্যং চিন্তয়ানঃ পুনঃ পুনঃ ।। ৩৩ ।।
লব্ধসংজ্ঞো রুরুশ্চায়াত্ তদাচখ্যৌ পিতুস্তদা। পিতা চাস্য তদাখ্যানং পৃষ্টঃ সর্ব্বং ন্যবেদয়ৎ ।।৩৪।।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
পৌলোমে সর্পসত্রপ্রস্তাবনং নাম নবমোঽধ্যায়ঃ ।।৯।।

——:*:——

ব্রাহ্মণ অথোইবা! জনমেজয নিংথৌনা মতৌ কমদৌনা লিল পুম্নমকপু মাংহনখিবা? অদুগা কবিগী দমক্তা লিল পুম্নমকপু মাংহনগে হায়দুনা লিলগী যজ্ঞ তৌখিবগে? ॥ ২৮ ॥ অদুগা মতৌ বরম তৌনা হৈশিংলবা আস্তীক মুনিনা লিলশিংবু কনখিবা অসি পুম্নমক মগী শিংনা তাজনিংই ।।২৯।। লিল ওইবম্বা সহস্রপাৎ কৌবা ঋষিনা হায়খি— রুরু! হৌজিক্তি ঐ যামনা থুনা যাংনা চৎনিংলে, অতোপপা কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ অমনা নংঙোন্দা লীরগনি, নংনা মাগী মচীন্দগী আস্তীককী মপোব কী ৱাবি পুম্বা লোয়না তাবা ফংগনি ।। ৩০ ।। সৌতিনা হায়খি— যোগ শক্তি লৈরবা মহর্ষি সহস্রপাদনা ৱা অসি হায়রগলগা যোগ সাধনতনা মফম অদুদগী মাংথোকখ্রে, রুরুসু লাংতকনদুনা লৈহৌরে, অদুগা থৌদোক অদুবুসু ইঙ্কক ঙক্লুনা থন্দুনা লৈহৌরে ।। ৩১ ।। অদুগী মতুংদা রুরুনা মাংখ্রবদা মহর্ষি অদুবু থিগে হায়দুনা মপাঙ্গল থেক্না মায়কৈ মরিদা কোয়চেল চেন্দুনা যেংলকই, মতুংদা মশা চোকথবক তুনা লৈমায থক্তা তুদুনা লৈখ্রে ।। ৩২ ।। থোইদোকনা শুক্নংখিদুনা সহস্রপাদ ঋষিনা তাকলম্বা পাউতাকশিং অদু নিংশিংদুনা অঙকপা খুংঙাইতবনা থুমখিদুনা জ্ঞান য়াওদনা তাদুনা লৈবে ।। ৩৩ ।। রুরুনা অমুক হন্না জ্ঞান তারক্লুনা মাগী আশ্রমদা হল্লকলে, মপাগী মফমদা ঙুঙুভগী থোকখ্রবা থৌদোক পুম্নমক অদু তম্মুরে, মপাগী মফমদা জনমেজয়গী লিল যজ্ঞগী ৱারি হংখি, মপা প্রমতিনসু মাঙোন্দা ৱারি পুম্নমকসু লীখি ।। ৩৪ ।।

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা পৌলোম কৌবা আদি পর্ববদা সর্পসত্র প্রস্তাবনা কৌবা মাপল শুবা অধ্যায় লোইরে ।।

——:*:——

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব—আস্তীক জরৎকারু পিতৃসম্বাদঃ

( ত্রয়োদশো অধ্যায়ঃ )

—•(*—

শৌনক উবাচ ।

কিমর্থং রাজশার্দ্দুলঃ স রাজা জনমেজয়ঃ । সর্পসত্রেণ সর্পাণাং গতোঽন্তং তদ্বদস্ব মে ।।১।।

আস্তীকশ্চ দ্বিজশ্রেষ্ঠঃ কিমর্থং জপতাং বরঃ । মোক্ষয়ামাস ভুজগান্ প্রদীপ্তাদ্বসুরেতসঃ ।।২।।

কস্য পুত্রঃ স রাজাসীৎ সর্পসত্রং য আহরৎ । স চ দ্বিজাতিপ্রবরঃ কস্য পুত্রোঽভিধৎস্ব মে ।। ৩ ।।

সৌতিরুবাচ ।

মহদাখ্যানমাস্তীকং যথৈতৎ প্রোচ্যতে দ্বিজ ! । সর্ব্বমেতদশেষেণ শৃণু মে বদতাং বর ! ।।৪।।

শৌনক উবাচ ।

শ্রোতুমিচ্ছাম্যশেষেণ কথামেতাং মনোরমাম্ । আস্তীকস্য পুরাণর্ষের্ব্রাহ্মণস্য যশস্বিনঃ ।।৫।।

সৌতিরুবাচ ।

ইতিহাসমিমং বিপ্রাঃ । পুরাণং পরিচক্ষতে কৃষ্ণদ্বৈপায়নপ্রোক্তং নৈমিষারণ্যবাসিষু ।। ৬ ।।

পূর্ব্বং প্রচোদিতঃ সূতঃ পিতা মে লোমহর্ষণঃ । শিষ্যো ব্যাসস্য মেধাবী ব্রাহ্মণেষ্বিদমুক্তবান্ ।।৭।।

---

শৌনকনা হাযখি হে সৌতি ! নিংথৌ অথোইবা জনমেজযনা করিগীদমক সর্পযজ্ঞবু লিং-থৎলগা লিলগী শাগৈ পুন্নমক মাংহনখিবা ? মথংশিংনা লীবিয়ু ।।১।। তপস্বীশিংগী অথোইবা অমদি ব্রাহ্মণ অথোইবা আস্তীকনা মতৌ করম্না মৈরি ফংনা চাক্লবা যজ্ঞগী মৈমুংদগী কনখিবা ? ।। ২ ।। সর্পযজ্ঞ তৌরিবা জনমেজয় হায়রিবা অসিনা কনাগী মচানো ? অমগা ব্রাহ্মণ অথোইবা আস্তীক হায়রিবা অসিসু কনাগী মচানো ? অসি পুমনমক ঐঙোন্দা লীবিয়ু ।।৩।। সৌতিনা হায়খি—ৱা ঙাংবা হৈরবা হে শৌনক ! পাক চাউরবা আস্তীক মুনিগী ৱারি অসি লীরগে তাবিয়ু ।।৪।। শৌনকনা হায়খি মিংচৎ চাউরবা কুইণ্ণবা ব্রহ্মর্ষি আস্তীকগী নিংথিজরবা ৱারি অদু অমতা ৱাংতনা লীবিরো, তাজ-রগে ।।৫।। সৌতিনা হায়খি— হে ব্রাহ্মণ পুমনমক ! মুনিশিংনা হায়নবা লৈ, মহর্ষি বেদব্যাসনা মমাংদৌদা নৈমিষারণ্যদা লৈবা ঋষিশিংগী মফমদা ইতিহাস অসি লীখি ।।৬।।

অমগী মতুংদা অদুম ওইবা ব্যাসগী শিষ্য শিংলবা ঐগী ইপা লোমহর্ষণ কৌবদা মুনি ময়াম্না

তস্মাদহমুপশ্রুত্য প্রবক্ষ্যামি যথাতথম্ । ইদমাস্তীকমাখ্যানং তুভ্যং শৌনক ! পৃচ্ছতে ॥৮॥

কথয়িষ্যাম্যশেষেণ সর্বপাপপ্রণাশনম্ । আস্তীকস্য পিতা হ্যাসীৎ প্রজাপতিসমঃ প্রভুঃ ॥৯॥

ব্রহ্মচারী যতাহারস্তপস্যুগ্রে রতঃ সদা । জরৎকারুরিতি খ্যাত ঊর্দ্ধরেতা মহাতপাঃ ॥১০॥ ( যুগ্মকম্ )

যাযাবরাণাং প্রবরো ধর্ম্মজ্ঞঃ সংশিতব্রতঃ । স কদাচিন্মহাভাগস্তপোবলসমন্বিতঃ ॥১১॥

চচার পৃথিবীং সর্বাং যত্রসায়ংগৃহো মুনিঃ । তীর্থেষু চ সমাপ্লাবং কুর্বন্নটতি সর্বশ ॥১২॥ ( যুগ্মকম্ )

চরন্ দীক্ষাং মহাতেজা দুশ্চরামকৃতাত্মভিঃ । বায়ুভক্ষো নিরাহারঃ শুষ্যন্ননিমিষো মুনিঃ ॥১৩॥

ইতস্ততঃ পরিচরন্ দীপ্তপাবকসপ্রভঃ । অটমানঃ কদাচিৎ স্বান্ স দদর্শ পিতামহান্ ॥১৪॥ ( যুগ্মকম্ )

লম্বমানান্ মহাগর্ত্তে পাদৈরূর্দ্ধৈরবাঙ্মুখান্ । তানব্রবীৎ স দৃষ্ট্বৈব জরৎকারুঃ পিতামহান্ ॥১৫॥

কে ভবন্তোহবলম্বন্তে গর্ত্তে হ্যস্মিন্নধোমুখাঃ । বীরণস্তম্বকে লগ্নাঃ সর্ব্বতঃ পবিভক্ষিতে ।

মূষিকেণ নিগূঢ়েন গর্ত্তে হ্যস্মিন্নিত্যবাসিনা ॥১৬॥

পিতর ঊচুঃ ।

যাযাবরা নাম বয়মৃষয়ঃ সংশিতব্রতাঃ । সন্তানপ্রক্ষয়াদ্ব্রহ্মন্ ! অধো গচ্ছাম মেদিনীম্ ॥১৭॥

---

হংলবদা ব্রাহ্মণশিংগী মফমদা অমুক লীখ্রবনি ॥৭॥ হে শৌনক ! ঐনা ঐগী ইপাগী মফমদগী ৱারি-শিং অসি লোইনা তাখ্রবনি, ঙসিস্থ মযামনা ঐঙোন্দা হংবিরি, অদুনা তাখিবদু ইকায কাযদনা লী-জগে তাবিয়ু ॥৮॥ ইতিহাস অসিনা পাপ পুম্নমকপু কোকহনবনা লোইনা লীবা তায । আস্তীককী মপা অসি জরৎকারু হাযবা মুনি অদুনি, প্রজাপতি ব্রহ্মাগা মান্ননা মতিক মগুণ চাউববা, যোগ শক্তিনা তিন্নবা, ব্রহ্মচারী ওইরবা, মফম-মতম চাং নাইনা চাববা, থবলোমদা বীর্য্যবু থিংহনা থম-খ্রবা, অমদি মতম অয়াম্বদা অকিবা ফংলবা তপস্যাদা পুক্রিং চংহনা লৈবা মুনি অমনি ॥৯—১০॥ জরৎকারু হায়বা মুনি অসি সন্ন্যাসীশিংগী মনুংদা অথোইবনি, ধর্ম্ম শাস্ত্র পুম্নমক হৈ, নিযম কায ধনা ব্রত পুম্নমক ঙাকখিবা অমদি তপস্যাগী শক্তিনা কল্লবা, মরাইবক ফববা অমা ওইখি । পৃথিবীগী মফম পুম্নমক কোয়খি, সন্ধ্যা ওইরকপদা থুংঙবা মফম অদুদা মযুম ওই, তীর্থ পুম্বদা স্নান তৌহনা দেশ দেশান্তরদা কোয়খি ॥১১—১২॥ অমনা ঙমফদ্রবা ব্রত নিযম পুম্নমক ঙাক্তনা জরৎকারু হায়রিবা মুনি অসি য়ামনা তেজ লৈবা মুনি অমা ওইখি, করিমত্তা চাদনা বাযু ভক্ষন তৌদুনা লৈবা ঋষি অমা ওইখি । অহিংচুপ্পা জাগরণ তৌদুনা লৈখি, অদুনা মহাক্কী মশাঙ্থ কংখিবনা শরুদা ঊনশাতনা কুপখি, অদুবু যোগগী শক্তিনা চাক্লবা মৈগী মতোঙম হকচাংগী মশেক্লা মায়কৈ পুম্নমক্তা হায়দোকলমই । অসিগুম্বা জরৎকারু কৌবা মুনি অসিনা অসুম দেশ-দেশদা কোয়রকপদা নোংমা মাগী মপা-মপুশিং লানবা ঙমদনা লৈরম্বা অদু উরুরে ॥১৩—১৪॥

মাগী মপা-মপুশিং অদু মকোক মমৈ ওন্থনা লুরবা কোম অমগী মপাদা য়ান্দুনা লৈরম্মি । মখোয়বু উদুনা জরৎকারুনা হায়খি ॥১৫॥ কোম অদুদা লৈবা উচি অমনা মখোয়না য়াল্লিবা ঊরী অদুগী মরু অসি অকোয়বদা অসুম চীকথত্তুনা লৈরি । [illegible] অসিদা নখোয়গী খোংশিং অদু য়াম্বদুনা লৈরি । মায়না মথাদা ওন্থরি । অসিগুম্বা অবস্থাদা লৈরিবা নখোয়বু কনা কনানো ? অদুগা করিগী অসুম য়ান্দুনা লৈরিবনো ? ॥১৬॥ মপা মপুনা হায়খি— ব্রাহ্মণ ঐখোয় যাযাবর হায়বা ঋষিশিং অদুনি, নিয়ম

অস্মাকং সন্ততিস্ত্বেকো জরৎকারুরিতি স্মৃতঃ। মন্দভাগ্যোঽল্পভাগ্যানাং তপ একং সমাস্থিতঃ ॥১৮॥
ন স পুত্রান্ জনয়িতুং দারান্ মূঢ়শ্চিকীর্ষতি। তেন লম্বামহে গর্ত্তে সন্তানস্য ক্ষয়াদিহ ॥১৯॥
অনাথাস্তেন নাথেন যথা দুষ্কৃতিনস্তথা। যেষাস্তু সন্ততির্নাস্তি মর্ত্তলোকে সুখাবহা ॥২০॥
ন তে লভন্তে বসতিং স্বর্গে পুণ্যকৃতোঽপি হি কস্ত্বং বন্ধুরিবাস্মাকম্ অনুশোচসি সত্তম! (বিশেষকম্)

জরৎকারুরুবাচ।

মম পূর্ব্বে ভবন্তো বৈ পিতরঃ সপিতামহাঃ। ব্রূত কিং করবাণ্যদ্য জরৎকারুরহং স্বয়ম্ ॥২২॥

পিতর উচুঃ

যতস্ব যত্নবাংস্তাত! সন্তানায় কুলস্য ন। আত্মনোঽর্থেঽস্মদর্থে চ ধর্ম্ম ইত্যেব বা বিভো! ॥২৩॥
নহি ধর্ম্মফলৈস্তাত! ন তপোভিঃ সুসঞ্চিতৈঃ। তাং গতিং প্রাপ্নুবন্তীহ পুত্রিণো যাং ব্রজন্তি বৈ ॥২৪॥
তদ্দারগ্রহণে যত্নং সন্তত্যাঞ্চ মনঃ কুরু। পুত্রকাস্মন্নিয়োগাত্ত্বমেতন্নঃ পরমং হিতম্ ॥২৫॥

জরৎকারুরুবাচ।

ন দারান্ বৈ করিষ্যেঽহং ন ধনং জীবিতার্থতঃ। ভবতাং তু হিতার্থায় করিষ্যে দারসংগ্রহম্ ॥২৬॥

---

কাযদনা ব্রত উপাসনা য়াম্না তৌবমই অদুবু ঐখোয়গী শাগৈ মুৎকন্দবাসিদা অসিগুম্ব। অবস্থা অসিদা ঐখোয় লৈংবিনি। ১৭॥ জরৎকারু হায়না কৌবা ঐখোয়গী সন্তান অমতংদি লৈহৌরি, মহাক অদুমু মবাইবক থীবে, বরিনা হায়বনু মহাকম নুমিৎচুপ্পা তপস্যাদা তৌথ্রবনি, মহাকথক্কগী ঐখোয়গী শাগৈ অসি মুৎকদৌরিবনি, অদুনা ঐখোয় হৌজিক্কগী অল্বাবসি ফংবা হৌববনি ॥১৮॥ অপংবদো মচা পোক্লনবা গৃহস্থধর্ম্মদা চংগে হায়বসি থনখিদরে. অদুনা ঐখোয়না হৌজিকনা নিবালম্বা ওইদুনা লৈরবসিনি। (শাগৈসিনা মুৎকনি হায়বা হেবচিংনবদগী মাগী মপামপু ওইবা ঐখোয়না পাপীগী মতৌগুম হৌজিক্কা য়ান্দুনা লৈরবসিনি, মরমদি মর্ত্যলোকত লৈহৌবা মচা মশুনা মচা পোক্কবদা মপামপুনা ফনয়ামনা পুণ্য তৌবমতুনসু স্বর্গ কাবদদি মযাদ্রে.) অদুগা হে সাধু অথোইবা! মরূপকী মতৌগুম ঐখোয়গী অল্বাবা হংবিরিবা নংবু কনানো? ১৯—২১॥ জরৎকারুনা খুমখি নখোয় পুম্নমক ঐগী ইপা ইপু ইবুধৌঙ্গ্বা ওইরম্রে, জরৎকারু হায়বদু ঐমকনি তাকপিয়ু করি তৌজো হায়বগে? ২২॥ মপামপু-শিংনা হায়খি ইবুংঙো জরৎকারু। নংদি নুমিৎ চুপ্পা তপস্যাদদা পুকনিং চংহনা লৈরে। নংগী মঙ্গলগী-দমক, ঐখোয়গী কান্নবগীদমক অমদি ঐখোয়গী শাগৈ মরী তত্তনবগী দমক নংনা হোৎনরম্মু ॥২৩॥ জরৎকারু। জগৎ অসিদা মচা নিপা পোকপা, গৃহস্থধর্ম্ম কায়দনা চৎপা মীনা ফংবা মফম অদো যাগ যজ্ঞত তৌবশিংনা ফংবা ঙমদে, তপস্যাতনা ভানশিনবা পুণ্যনসু মদু য়োবা ঙমদে ॥২৪॥ অদুনা ইবুংঙো! ঐখোয়গী য়াথং ইন্দুনা বিবাহ তৌদুনা শাগৈ মুত্তনবা মচা অমতদি শীল্লম্মু। অদুত্তদা ঐখোয়গীত্ত মতুনা নংগীসু মঙ্গল ওইগনি ॥২৫॥ জরৎকারুনা খুমখি ঐগী লনাইগীদমক বিবাহ তৌজ-রোই, শেলগী অমত্তা য়াদ্রোই, নখোয় ইপা ইপুশিংগীদমক্ত বিবাহদি তৌরমগে ॥২৬॥ নিয়ম অমগী মতুং ইন্না ঐনা বিবাহ তৌরমগনী, ঐনা তৌগদৌরীবা নিয়ম অদুগী মতুং ইন্না বিবাহ তৌবগী মতীক চাবা

সময়েন চ কর্ত্তাহমনেন বিধিপূর্ব্বকম্। তথা যদুপলপ্স্যামি করিষ্যে নান্যথা হ্যহম্ ॥২৭॥
সনাম্নী যা ভবিত্রী মে দিৎসিতা চৈব বন্ধুভিঃ। ভৈক্ষবত্তামহং কন্যামুপযংস্যে বিধানতঃ ॥২৮॥
দরিদ্রায় হি মে ভার্য্যাং কো দাস্যতি বিশেষতঃ। প্রতিগ্রহীষ্যে ভিক্ষাং তু যদি কশ্চিৎ প্রদাস্যতি ॥২৯॥
এবং দারক্রিয়াহেতোঃ প্রযতিষ্যে পিতামহাঃ। অনেন বিধিনা শশ্বন্ন করিষ্যেহহমন্যথা ॥৩০॥
তত্র চোৎপৎস্যতে জন্তুর্ভবতাং তারণায় বৈ। শাশ্বতং স্থানমাসাদ্য মোদন্তাং পিতরো মম ॥৩১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
আস্তীকে জরৎকারুপিতৃসংবাদো নাম দশমোঽধ্যায়ঃ ॥

——:(*):——

কন্যা ফংত্রবদি ঐবিবাহ থক তৌজরোই ॥ ২৭ ॥ কন্যা অদো ঐগা মিংচপ মাম্নগদৌবনি, মাগী শাগৈনা স্বার্থ য়াউদনা দান তৌগদবনি, অদুগুম্বী কন্যা অদুবু ঐনা ভিক্ষা কচ্চবব পগুম লৌগনি ॥২৮॥ ঐদি য়ামনা লাযরবা মীনি, কনানবু ঐঙোনদা কন্যা দান তৌনিংগবা ? করিগুমবা তৌরকলবসু মাবু ভিক্ষাগী মতৌগুম লৌগনি ॥ ২৯ ॥ ইপা-ইপু পুম্নমক। ঐনা হাযরিবা নিযম অসিগী মতুং ইন্না কন্যা অসিগুম্বী ফংলবদি শোয়দনা বিবাহ তৌজগনি, নত্রবদি থক তৌজরোই ॥ ৩০ ॥ নখোয়গী উদ্ধারগীদমক্ত ঐগী ভার্য্যাগী গর্ভদগী শোয়দনা ঐসু ইচা অমা যংগনি, মহাক অদূনা পাম্বে ওই-দুনা নখোয় পুম্নমকসু ব্রহ্মলোককী সুংভাইবা ফংবিরো ॥ ৩১ ॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদি পর্ব্বদা আস্তীকগী মতাংদা জরৎকারু পিতৃ সংবাদ কৌবা তরা শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

—:*:—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব—আস্তীকে সর্পমাতৃশাপ প্রস্তাবঃ

### ( তরামাথোইশুবা অধ্যায়ঃ )

——(*)——

সৌতিরুবাচ।

ততো নির্ব্বেশায় তদা স বিপ্রঃ সংশিতব্রতঃ। মহীং চচার দারার্থী ন চ দারানবিন্দত ॥১॥

স কদাচিদ্বনং গত্বা বিপ্রঃ পিতৃবচঃ স্মরন্। চুক্রোশ কন্যাভিক্ষা তিস্রো বাচঃ শনৈরিব ॥২॥

তং বাসুকিঃ প্রত্যগৃহ্ণাদুদ্যম্য ভগিনীং তদা। ন স তাং প্রতিজগ্রাহ ন সনাম্নীতি চিন্তয়ন্ ॥৩॥

সনাম্নীং চোদ্যতাং ভার্য্যাং গৃহ্ণীয়ামিতি তস্য হি। মনো বিনিষ্টমভবজ্জরৎকারোর্মহাত্মনঃ ॥৪॥

তমুবাচ মহাপ্রাজ্ঞো জরৎকারুর্মহাতপাঃ। কিংনাম্নী ভগিনীয়ং তে ব্রূহি সত্যং ভুজঙ্গম! ॥৫॥

বাসুকিরুবাচ।

জরৎকারো! জরৎকারুঃ স্বসেয়মনুজা মম। প্রতিগৃহ্ণীষ্ব ভার্য্যার্থে ময়া দত্তাং সুমধ্যমাম্।

ত্বদর্থং রক্ষিতা পূর্ব্বং প্রতীচ্ছেমাং দ্বিজোত্তম! ॥৬॥

এবমুক্ত্বা ততঃ প্রাদাদ্ভার্য্যার্থে বরবর্ণিনীম্। স চ তাং প্রতিজগ্রাহ বিধিদৃষ্টেন কর্ম্মণা ॥৭॥

---

সৌতিনা হায়খি— অদুগী মতুংদা ব্রাহ্মণ জরৎকারুনা হায়রিবা নিয়ম অদুগী মতুং ইন্না মতিক চারবী কন্যা পিগে হায়বগীদমক পৃথীবীগী মফম পুম্নমক্তা কোয়না চৎখি, অদুবু ফংবা লৈখি-দবে ॥ ১ ॥ অদুগী মতুংদা মপা-মপুশিংগী ওইরিবা দশা অমদি মখোয়না হায়রম্বা ব্বা পুম্নমক নিংশিংদুনা বনবনদা চৎতুনা কন্যা যংননবগীদমক খোঙ্গেল ব্বাংনা অহুম হায়না লাউখি— "কন্যা কনানো, কন্যাদান তৌগদবা"। ব্বাহে অসি অহুমলক লাওই ॥ ২ ॥ অদুগী মতুংদা বাসুকিনা মচল মুপীগা লোইনন থোরকতুনা কন্যা অসি লৌবিয়ু হায়না জরৎকারুদা হায়জখি, মাগা মিং মান্নরম্লোই খন্দুনা জরৎকারুনা য়াখিদে ॥ ৩ ॥ মরমদি মাগা মমিং মান্নবী কন্যা অদুতা লৌগনি হায়-বসি জরৎকারুগী লেংদ্রবা ব্বাখলনি ॥ ৪ ॥ মরম অদুনা তপস্যা কন্নবা শিংলবা জরৎকারুনা অনন্ত বাসুকিদা হায়খি— কন্যা অসিগী মমিং করি কৌই? হে নাগরাজ! শেংনা তাকপিয়ু ॥ ৫ ॥ বাসুকিনা হায়খি— হে জরৎকারু! ঐগী ইচল-মুপী অতোনবী কন্যা অসিসু জরৎকারু কৌই, ঐখোইনা নংগীদমক চেকশিন্না য়োকতুনা ... ॥ ৬ ॥ অসি হায়রগা অনন্ত বাসুকিনা মচল-মুপী জরৎকারুবু জরৎকারু মুনিদা ... তৌরে, ঋষি জরৎকারুনা শাস্ত্রগী বিধি মতুং ইন্না কন্যা দান অদু লৌখি ॥ ৭ ॥

মাত্রা হি ভুজগাঃ শপ্তাঃ পূর্বং ব্রহ্মবিদাং বর। জনমেজয়স্য বো যজ্ঞে ধক্ষ্যত্যনিলসারথিঃ ॥ ৮ ॥

তস্য শাপস্য শান্ত্যর্থং প্রদদৌ পন্নগোত্তমঃ। স্বসারমৃষয়ে তস্মৈ সুব্রতায় মহাত্মনে ॥ ৯ ॥

স চ তাং প্রতিজগ্রাহ বিধিদৃষ্টেন কর্ম্মণা। আস্তীকো নাম পুত্রশ্চ তস্যাং জজ্ঞে মহামনাঃ ॥ ১০ ॥

তপস্বী চ মহাত্মা চ বেদবেদাঙ্গপারগঃ। সমঃ সর্ব্বস্য লোকস্য পিতৃমাতৃভয়াপহঃ ॥ ১১ ॥

অথ দীর্ঘস্য কালস্য পাণ্ডবেয়ো নরাধিপঃ। আজহার মহাযজ্ঞং সর্পসত্রমিতি শ্রুতিঃ ॥ ১২ ॥

তস্মিন্ প্রবৃত্তে সত্রে তু সর্পাণামন্তকায় বৈ। মোচয়ামাস তন্নাগান্ আস্তীকঃ সুমহাতপাঃ ॥ ১৩ ॥

ভ্রাতৄংশ্চ মাতুলাংশ্চৈব তথৈবান্যান্ স পন্নগান্। পিতৄংশ্চ তারয়ামাস সন্তত্যা তপসা তথা ॥ ১৪ ॥

ব্রতৈশ্চ বিবিধৈর্ব্রহ্মন্! স্বাধ্যায়ৈশ্চানৃণোঽভবৎ। দেবাংশ্চ তর্পয়ামাস যজ্ঞৈর্বিবিধদক্ষিণৈঃ।

ঋষীংশ্চ ব্রহ্মচর্য্যেণ সন্তত্যা চ পিতামহান্ ॥ ১৫ ॥

অপহৃত্য গুরুং ভারং পিতৄণাং সংশিতব্রতঃ। জরৎকারুর্গতঃ স্বর্গং সহিতঃ স্বৈঃ পিতামহৈঃ ॥ ১৬ ॥

আস্তীকঞ্চ সুতং প্রাপ্য ধর্ম্মঞ্চানুত্তমং মুনিঃ। জরৎকারুঃ সুমহতা কালেন স্বর্গমাপ্তবান্ ॥ ১৭ ॥

---

হে ব্রাহ্মণ অথোইবা শৌনক! মমাংঙৈদা লিল পুন্নমককী মমানা মচাশিং লিল পূমনমক্ত— নখোযদি জনমেজয়গী লিল যজ্ঞগী মৈদা চাক্তুনা শিবা ওইসনু, অস্তুম হাযনা শাপ তৌখি ॥৮॥ শাপ অসি কোন্নবগীদমক্ত তপস্যা ব্রত বন্নবা জরৎকাবদা বাসুকিনা মচল মুপীবু দান তৌখি-বনি ॥ ৯ ॥ জরৎকারুস্ন মাবু হরাউ-হরাউনা লৌখি, মতমগী মতুং ইন্না মহাক্কী মচা মহাজ্ঞানী ওইরবা আস্তীক কৌবা চাউরবা ঋষি অমা পোকখি ॥ ১০ ॥ আস্তীক হাযবসি মপাগুম তপস্যা কন্নবা, পুকচেল চাউরবা, বেদ বেদাঙ্গ পুমনমক হৈরবা ঋষি অমনি, মহাকনা পিতৃকুল—মাতৃকুলগী অকিববু কোকহনখি ॥ ১১ ॥ অহগী মতুংদা চহি কযাগী মতুংদা কোন্থংদা পাণ্ডুগী বংশদা পোক-খিবা নিংথৌ জনমেজয়না সর্পসত্র কৌবা মহাযজ্ঞ অমা তৌখি হাযবসি মযাম পুন্নমকনা তাবিন্নিবা অতুমগায় ॥ ১২ ॥ লিলগী শাগৈ পুমনমক তুমনা মাংহনশে হায়বগীদমক যজ্ঞ অদুনা হৌরন্নবদা অমদি লিল পুমনমকনা শিনরন্নবদা আস্তীক হায়রিবা ঋষি অসিনা লিলগী শাগৈবু তুমনা মাংগ-দৌবদগী কনখি ॥ ১৩ ॥ মহাক্না লিলগী শাগৈদা পোন্নবা মামাশিং, মামানা পোকপা মচাশিং মৈমুংদগী কনখি, অদুগা মচা পোকহনদুনা তপস্যাগী পাম্বৈনা মপা মপু পুমনমক লোয়না উদ্ধার তৌখি ॥ ১৪ ॥ হে মহর্ষি শৌনক! মহর্ষি আস্তীকনা মখল মখা অয়াম্বা মন্ত্র-বেদ পাঠনা পিতৃকুল অমদি মাতৃকুল অনিমককী মফমদা তোন্নকপা লম্নানশিংখি অমসুং মখল মখা অয়াম্বা দক্ষিণা-মচিংবা যজ্ঞ তৌহনা দেবতাশিংবু, ব্রহ্মচার্য্যনা ঋষিশিংবু অমদি গৃহস্থ ধর্ম্মনা সন্তান কংদুনা পিতৃ-কুল-মাতৃকুল অনিমক পেনহনখি ॥ ১৫ ॥ ব্রত কন্নবা জরৎকারুনা মপা মপুগী লুমলবা পোংজুম থাংথবিদুনা মপা-মপু-মবুদৌগা লোয়নন্না স্বর্গদা চৎখি ॥ ১৬ ॥ জরৎকারু মুনিনা আস্তীকবু মচা ওইনা ফংজদুনা অথোইবা ধর্ম্মনা ফংবা পুণ্য ফলতম মতম কুইনা স্বর্গদা লৈখি ॥ ১৭ ॥

এতদাখ্যানমাস্তীকং যথাবৎ কথিতং ময়া। প্রব্রূহি ভৃগুশার্দ্দূল! কিমন্যৎ কথয়ামি তে ॥ ১৮ ॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি আস্তীকে সর্পমাতৃশাপপ্রস্তাবো নাম একাদশোহধ্যায়ঃ ॥

——:(*):——

মহর্ষি শৌনক! নিযম কায়দনা আস্তীককী ৱারী লীক্লরে, হৌজিক মখা করি লীথজখো হায়বগে তাকপিয়ু ॥ ১৮ ॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদি পর্ব্বদা আস্তীকগী মতাংদা সর্পমাতৃ শাপ প্রস্তাব কৌবা তরামাথোই শুবা অধ্যায় লোইবে ॥

—*—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব—আস্তীকে জরৎ সর্পাদ্যুৎপত্তির্নামঃ

### ( তরানিথোই শুবা অধ্যায়ঃ )

—•(* •—

শৌনক উবাচ।

সৌতে ! ত্বং কথয়স্বেমাং বিস্তরেণ কথাং পুনঃ। আস্তীকস্য কবেঃ সাধোঃ শুশ্রূষা পরমা হি নঃ ॥১॥
মধুরং কথ্যতে সৌম্য ! শ্লক্ষ্ণাক্ষরপদং ত্বয়া। প্রীয়ামহে ভৃশং তাত ! পিতেবেদং প্রভাষসে ॥ ২ ॥
অস্মচ্ছুশ্রূষণে নিত্যং পিতা হি নিরতস্তব। আচষ্টৈতদ্ যথাখ্যানং পিতা তে ত্বং তথা বদ ॥ ৩ ॥

সৌতিরুবাচ।

আয়ুষ্মন্নিদমাখ্যানমাস্তীকং কথয়ামি তে। যথা শ্রুতং কথয়তঃ সকাশাদ্বৈ পিতুর্ময়া ॥ ৪ ॥
পুরা দেবযুগে ব্রহ্মন্ ! প্রজাপতিসুতে শুভে। আস্তাং ভগিন্যৌ রূপেণ সমুপেতেঽদ্ভুতেঽনঘ ! ॥ ৫ ॥
তে ভার্য্যে কশ্যপস্যাস্তাং কদ্রূশ্চ বিনতা চ হ। প্রাদাত্তাভ্যাং বরং প্রীতঃ প্রজাপতিসমঃ পতিঃ ॥৬॥
কশ্যপো ধর্ম্মপত্নীভ্যাং মুদা পরময়া যুতঃ। বরাতিসর্গং শ্রুত্বৈবং কশ্যপাদুত্তমঞ্চ তে ॥ ৭ ॥
হর্ষাদপ্রতিমাং প্রীতিং প্রাপ্নুতঃ স্ম বরস্ত্রিয়ৌ। বব্রে কদ্রূঃ সুতান্নাগান্ সহস্রং তুল্যবর্চ্চসঃ ॥৮॥
দ্বৌ পুত্রৌ বিনতা বব্রে কদ্রূপুত্রাধিকৌ বলে। তেজসা বপুষা চৈব বিক্রমেণাধিকৌ চ তৌ ॥৯॥

---

শৌনকনা হায়খি— হে সৌতি ! অদোনা অমদি ধর্ম্ম চেল্লবা আস্তীককী ৱারি অদো অমুক শন্দোক্না লীবিয়ু মাহ ঐখোয় যামনা তাজনিংই ॥ ১ ॥ তপলবা লেমলবা সৌতি ! নংনা ঙাংথোক্লকপসে ওন্থোক্না তাবদা অমৃত চেনখ্রে, মযেক ৱাহৈ ৱাবেং পুমনমক ইথোত্ত থোৎখ্রে, ইবুংঙো নংদি নপাগুম ৱারি লীবা হৈখ্রে, অদুনা ঐখোয় য়ামনা পেল্লে ॥২॥ নহাকপূ পোকপা ঋষি লোমহর্ষণস্থু সুংঙাই সুংঙাইবা ৱারি তাহন্দুনা ঐখোয়বু পেলহনখি। মরম অদুনা নহাকসু নংবু পোকপা ঋষি অদুনা লীরম্বাগুম লীয়ু ॥ ৩ ॥ সৌতিনা হায়খি— পুনসিন্নবা শৌনক ! ইপানা লীরম্বা ৱারি পুম্নমক লোইনা তাজখ্রবনি, অদুনা আস্তীককী উপাখ্যান কৌবা মতাং অসি শন্দোকনা লীজরগে ॥৪॥ হে পাপ যাউদ্রবা ব্রাহ্মণ ! মমাংঙৈদা, সত্য যুগতা, দক্ষপ্রজাপতিগী মচা মুপী অনি লৈরমই, মুপী ওইবগী শুভ লক্ষণ পুমনমক শুনা লৈখি, মশক মতৌসু অঙ্গমঙাই ॥৫॥ অমনা কদ্রু অমনা বিনতা কৌই, মচিন মনাও অনিমক কশ্যপ মুনিগী ভার্য্যা ওইখি। নোংমা, কশ্যপনা কবিগুম্বা মরম কাম-দগী পেনখ্রদুনা মখোয় অনিদা বর নিয়ু হায়খি, মখোয় অনিসু বর নিজৌ হায়বদদা য়ামনা সুংঙাইখি, কদ্রুনা মপাল্লল চপ মান্নব কনমিন্নরবা ইচা লিশিং অমা পোকচগে হায়না বর নিখি ॥৬-৮॥ বিনতানা কদ্রুগী মচাশিং অদুদগী হেন্না কল্লবা ইচা অনিদং পোকচগে হায়না বর নিখি, রূপতা গুণদা অমদি তেজদা মশক-মতৌদা পাঙন্দা খৱাইদগী হেনবা অসিমসু হায়না নিখি ॥৯॥

তস্যৈ ভর্ত্তা বরং প্রাদাদীদৃশৌ তে ভবিষ্যতঃ। এবমস্ত্বিতি তঞ্চাহ কশ্যপং বিনতা তদা ॥ ১০ ॥
যথাবৎ প্রার্থিতং লব্ধা বরং তুষ্টাভবত্তদা। কৃতকৃত্যা তু বিনতা লব্ধা বীর্য্যাধিকৌ সুতৌ ॥ ১১ ॥
কদ্রুশ্চ লব্ধা পুত্রাণাং সহস্রং তুল্যবর্চসাম্। ধার্য্যৌ প্রযত্নতো গর্ভাবিত্যুক্ত্বা চ মহাতপাঃ ॥১২॥
তে ভার্য্যে বরসন্তুষ্টে কশ্যপো বনমাবিশৎ। কালেন মহতা কদ্রুরণ্ডানাং দশতীর্দশ ॥ ১৩ ॥
জনয়ামাস বিপ্রেন্দ্র! দ্বে চাণ্ডে বিনতা তথা। তয়োরণ্ডানি নিদধুঃ প্রহৃষ্টাঃ পরিচারিকাঃ ॥১৪॥
সোপস্বেদেষু ভাণ্ডেষু পঞ্চ বর্ষশতানি চ। ততঃ পঞ্চশতে কালে কদ্রুপুত্রা বিনিঃসৃতাঃ ॥১৫॥
অণ্ডাভ্যাং বিনতায়াস্তু মিথুনং ন ব্যদৃশ্যত। ততঃ পুত্রার্থিনী দেবী ব্রীড়িতা চ তপস্বিনী ॥১৬॥
অণ্ডং বিভেদ বিনতা তত্র পুত্রং দদর্শ চ। অর্দ্ধকায়সম্পন্নমিতরেণাপ্রকাশতা ॥১৭॥
স পুত্রঃ ক্রোধসংরব্ধঃ শশাপৈনামিতি শ্রুতিঃ। যোঽহমেবং কৃতো মাতঃ! ত্বয়া লোভপরীতয়া ॥১৮॥
শরীরেণাসমগ্রেণ তস্মাদ্দাসী ভবিষ্যসি। পঞ্চ বর্ষশতান্যস্যা যয়া বিস্পর্দ্ধসে সহ ॥১৯॥
এষ চ ত্বাং সুতো মাতঃ! দাসীত্বান্মোচয়িষ্যতি। যদ্যেনমপি মাতস্ত্বং মামিবাণ্ডবিভেদনাৎ ॥২০॥
ন করিষ্যস্যনঙ্গং বা ব্যঙ্গং বাপি তপস্বিনম্। প্রতিপালয়িতব্যস্তে জন্মকালোঽস্য ধীরয়া ॥২১॥

---

কশ্যপ মুনিনা মখোয় অনিমক্ত নংনা নংনা নিংলিবদো থুংজরো হায়না বর পিখে ॥১০॥ বিনতানা অপাম্বা বর ফংজতুনা কল্লবা মচা অনি যংগনি থল্লুবদা পোকপগী মহে যাল্লে হায়না থনখি, কদ্রুস্থ চপ মান্নন কল্লবা মচা লিশিং অমা যংলগনি থল্লুবদা থোইদোক্লা সুংঙাযখি। অহুগী মতুংদা নখোয় অনিমক নংনা নংনা ভল্বা শক্তিনা গর্ভ পুবগনি, অম্মনা কদ্রু অমসুং বিনতাদা হায়রম্লগা তপস্থা কল্লবা কশ্যপ অসি বনদা চংখি। হে ব্রাহ্মণ শথোইবা শৌনক! মতম যামনা কুইববা মতুংদা কদ্রুনা মরুম লিশিং অমা, বিনতানা মরুম অনিদং পোকখি। মীনাই শুপীশিংনা য়ামনা হবাউনা চহি চামঙা চুপনা মরুমশিং অতুবু সুংসা লাংবা পাত্রদা হাপ্লুনা থমখি। অহুগী মতুংদা চহি চামঙা লৈরগা মরুম অমমমদগী কদ্রুগী মচাশিং অতু থোরক্লে ॥১২-১৫॥ অতুগা বিনতাগীদি মরুম অনি অতুদগী মচা ইথো থোরকখিদ্রে, মচা পাম্লবী বিনতানা সুংঙাইতবা অমদি ইকায়বনা ভাইঙমদবনা মরুম অমা থুগায়করে হকচাংদগী মথক থংবা তংখায় অমতা পোকই, মখা থংবা শরুক্তি পোক্লকত্রে ॥১৬-১৭॥ ঐনা তাক্লে, বিনতাগী মচা অসিনা শাউদুনা মমাদা শাপ তৌখি, ইমা! নচা পাম্বনা হাকমনখিদুনা ঐবু হকচাং কায়াৎ শুদনা পোকহল্লে, অহুন চহি চামঙা চুপ্পা নংনা প্রপপ্রপ তান্নরিবী ছিরম পুল্লমক্ত শীংনরিবী কদ্রুগী মঙমদা মীনাই মুপী ওইসনু ॥১৮-১৯॥ ইমা! মরুম অমা খুগাইহনা ঐগুম্না অঙ্গ ভঙ্গ ওইহন্দনা মরুম অতোপ্পা অসিমদগী নচা অমা পোকহল্লবদি মহাক অদুনা নহাকপু ঐনা তৌরিবা শাপ অসিদগী কোকহনবা ওইসনু। মসিগী মহে চপ চানা ফংবিগে হায়রবদি য়াম্ন তপথবা অমদি খাংহৈবগা লোইননা চহি চামঙা চুপনা নচা অসি পোক্লকপা ভাইবিয়ু। হে শৌনক! অতিয়াদা পাইদুনা লৈরবা মচা অসিনা মমাদা শাপ তৌখি। নোংঙাল্লকপদা অরুণ বর্ণগুম হায়রবদি তাঙ্গ্রানরবা কুচু ওইনা উখি। অহুগী মতুংদা নোংমা সুমিৎনা থোরকপদা অরুণ

বিশিষ্টং বলমীপ্সন্ত্যা পঞ্চবর্ষশতাৎ পরঃ। এবং শপ্ত্বা ততঃ পুত্রো বিনতামন্তরিক্ষগঃ ॥২২॥

অরুণোহদৃশ্যত ব্রহ্মণ্‌ প্রভাতসময়ে তদা। উদ্যন্নথ সহস্রাংশুর্দৃষ্ট্বা তমরুণং প্রভুঃ ॥২৩॥

স্বতেজসা প্রজ্বলন্তমাত্মনঃ সমাত্তজসম্। সারথ্যে কল্পয়ামাস প্রীয়মাণস্তমাদ্ভুতঃ ॥২৪॥

সোঽপিতং রথমারুহ্য ভানোরমিততেজসঃ। সর্ব্বলোকপ্রদীপস্য হ্যমরোঽপাক্রামোঽভবৎ ॥২৫॥

গরুড়োঽপি যথাকালং জজ্ঞে পন্নগভোজনঃ। স জাতমাত্রো বিনতাং পরিত্যজ্য খমাবিশৎ ॥২৬॥

আদাস্যন্নাত্মনো ভোজ্যমন্নং বিহিতমস্য যৎ। বিধাত্রা ভৃগুশার্দ্দূল ! ক্ষুধিতঃ পতগেশ্বরঃ ॥২৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি আস্তীকে

সর্পাদ্যুৎপত্তির্নাম দ্বাদশোঽধ্যায়ঃ ॥

—:(*):—

বর্ণ ওইরবা, মাগী (সুমিৎকী) মতাম্না যৈবদা নিংথিজরবা, বিনতাগী মচা অসিবু অরুণ বর্ণ ওই হায়রুনা মমিং অরুণমক থোন্দুনা সূর্য্য ভগবান মক্না মাগী সারথি ওইনা থমখি ॥২০-২৪॥ বিনতাগী মচা অসিনা জগৎ পূম্বগী থাওমৈগী মশক ওইববা, পান্দমনিংঙাই লৈত্রবা তেজনা মহাক্কী ওইরবা সূর্য্য দেবগী রথ মথক্তা লৈখিদুনা অমব ওইখি, সুমিৎকী সারথি ওইদুনা অরুণ হায়না জগত্তা ফাওখি ॥২৫॥ হে ভৃগু বংশগী অথোইবা শৌনক! অতুগী মতুংদা বিনতাগী অতোপ্পা মচা গরুড়সু মতম চানা পোকখি। মাদি হেক পোকপদগী মমা বিনতাবু থাদোক্তুনা নোংথক্ত পাইখৎখি, মরমদি বিধাতানা গরুড়গী তনথিবা চীঞ্জাক অদু উটেক নিংশৌ গরুড়না অরাম থৌরাংবনা মাতুমক মশানা থিগে হায়না মপুক্লিংদা লেপখি ॥২৬—২৭॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদি পর্ব্বদা আস্তীকগী মতাংদা জরৎ সর্পাদ্যুৎপত্তি কৌবা তরানিথোই শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

——*ॐ*——

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব—আস্তিকে অমৃতমন্থনপ্রস্তাবঃ

( তরাহুমদোই শুবা অধ্যায়ঃ )

—(*)—

সৌতিরুবাচ।

এতস্মিন্নেব কালে তু ভগিন্যৌ তে তপোধন ! অপশ্যতাং সমায়ান্তমুচ্চৈঃশ্রবসমন্তিকাৎ ॥ ১ ॥

যং তু দেবগণাঃ সর্ব্বে হৃষ্টরূপমপূজয়ন্ । মথ্যমানেঽমৃতে জাতমশ্বরত্নমনুত্তমম্ ॥ ২ ॥

অমোঘবলমশ্বানামুত্তমং জগতাং বরম। শ্রীমন্তমজরং দিব্যং সর্ব্বলক্ষণপূজিতম্ ॥ ৩ ॥

শৌনিক উবাচ।

কথং তদমৃতং দেবৈর্মথিতং ক্ব চ শংস মে। যত্র জজ্ঞে মহাবীর্য্যঃ সোঽশ্বরাজো মহাদ্যুতিঃ ॥ ৪ ॥

সৌতিরুবাচ।

জ্বলন্তমচলং মেরুং তেজোরাশিমনুত্তমম্। আক্ষিপন্তং প্রভাং ভানোঃ স্বশৃঙ্গৈঃ কাঞ্চনোজ্জ্বলৈঃ ॥৫॥

কনকাভরণং চিত্রং দেবগন্ধর্ব্বসেবিতম্। অপ্রমেয়মনাধৃষ্যম্ অধর্ম্মবহুলৈর্জ্জনৈঃ ॥৬॥

ব্যালৈরাচরিতং ঘোরৈর্দিব্যৌষধিবিদীপিতম্। নাকমাবৃত্য তিষ্ঠন্তমুচ্ছ্রয়েণ মহাগিরিম্ ॥৭॥

---

সৌতিনা হায়খি—হে মহর্ষি শৌনক ! নেংম কদ্রুগা বিনতাগা অনিনা থোইনা লাপ্তনা ইন্দ্রগী উচ্চৈঃ শ্রবা কৌবা সগোলনা হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা লৈবন্থ উররে ॥১॥ দেব অসুরসিং তিন্নগনা সমুদ্র নৈবদা থোরকখিবা সগোলনি। মরমদি, মতম লৈবখিবিক্তা মরূ খীংলবা, করিগুম্বা মতমদা মপাঙ্গল হস্থরক্ত্রবা, মচুনা পুকনিং হুননবগী মশক ওইরবা, সগোলগী হৌনবী লক্ষণ পূম্বনা তিল্লবা, সগোল অসি অগৎকী মন্থংদা থব্বাইদগী হেল্লবা পোৎশক অমনি অদুগা সগোলগী মনুংদা মহা রতন অম ওইনা লৈরিবনি ॥২—৩॥ শৌনকনা হায়খি—সৌতি। দেবতাশিংনা, করিগীদমক সমুদ্রবু নৈখিবগে ? কনা কনানা মফম কদাইদা লৈদুনা নৈখিবগে ? মাদু লীবিয়ু। মফম অদুদা করমনা মপাঙ্গল কল্লবা, থোইনা কজরবা সগোল অদুনা পোকখিবা মথং শীংনা লীবিয়ু ॥৪॥ সৌতিনা হায়খি—সুমেরু কৌবা চাওরবা চীং অমা লৈ। মশামথন্তগী মশেক্লা, মায়কৈ অকোয়বদা চীং অহ ইন্ডাল ভাল্লি। অদুনা চীং অদু চীং ওইনা উরে, লংলবা মন্ডালগী মপৈ, চাওরবা মতুম অমা খিন্দুনা লৈবগুম্ উই। সনাগী মচু মান্নবা মহাক্কী মন্তোয়া সুমিংমক্কী মন্ডানবু রৈথরম্মি। সনামক্তনা চীং অদুগী ফীজোল—লৈতেং ওই, য়েংবদা অকীবা অংকপগী মশক্লি। মহাক্কী মথক্তা দেবতাশিং অমদি গন্ধর্ব্বশিংনা কোয়চৎ

অগম্যং মনসাপ্যন্যৈর্নদীবৃক্ষসমন্বিতম্‌। নানাপতগসঙ্ঘৈশ্চ নাদিতং সুমনোহরৈঃ ॥ ৮ ॥
তস্য শৃঙ্গমুপারুহ্য বহুরত্নাচিতং শুভম্‌। অনন্তকল্পমব্যক্তমাসীনাঃ সর্ব্বে মহৌজসঃ ॥ ৯॥
তে মন্ত্রয়িতুমারব্ধাস্তত্রাসীনা দিবৌকসঃ। অমৃতার্থে সমাগম্য তপোনিয়মসংযুতাঃ ॥১০॥
তত্র নারায়ণো দেবো ব্রহ্মাণমিদমব্রবীৎ। চিন্তয়ৎসু সুরেষ্বেবং মন্ত্রয়ৎসু চ সর্ব্বশঃ ॥১১॥
দেবৈরসুরসঙ্ঘৈশ্চ মথ্যতাং কলশোদধিঃ। ভবিষ্যত্যমৃতং তত্র মথ্যমানে মহোদধৌ ॥১২॥
সর্ব্বৌষধীঃ সমাবাপ্য সর্ব্বরত্নানি চৈব হ। মন্থধ্বমুদধিং দেবাঃ। লপ্স্যধ্বমমৃতং ততঃ ॥ ১৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
আস্তীকে অমৃতমন্থনপ্রস্তাবো নাম ত্রয়োদশোঽধ্যায় ॥০॥

——*:*:*——

চত্তুনা লৈন্নিবনি। জগত্তা চীং অমগা পান্দম্বা যাদনা লৈরবনি। ধর্ম্ম লৈতবা, পাপ চেনবা মীনা চী'থক অহ্নদা কাবা থক ঙমদে। অকীবগী মশক ওইরবা জীবজন্তু বযা মতম অয়াম্বদা কোযচং চত্তুনা লৈবিবনি। লাইরেবাক্কা উরী ব্বারিগী মঙান্তনা চীংগী মফম অযাম্বা পূনঙাল ঙাল্লি। ব্বাংবনা স্বর্গলোক য়োবরোই উই। পুক্লিংমন্না যৌবা ঙমদবা চীংগী মওং মতৌনি। চীংমায়দা তুবেল বযানা চেন্থরি। চীংত্তুদা হৌবা চাওর চাওববা, মখল মখা অযাম্বা উপাম্বীশিংগী উনাবক্তা উচেক জাৎ জ ৎনা পুক্লিং হূবা ফংনা ঈশৈ শকই। হাযরিবা স্তমেক কৌবা চীং অসিগী চীংদোন অমা লৈরি, অতিয়া খেংনা ব্বাংঙি। চীদোন অহ্নদা মখল মখা যাম্নবা মণিরতনদত্তনা থম্না লৈ। মংগা মান্নবা চীংদোন অমতা লৈত্রবনি। নোংম, চীংদোল অসিদা কাখৎলগা মতিকমগুণ চাওরবা ব্রতনিযম কান্নবা স্বগগী লাইয়াম খিবিক্কা অমৃত পুখোক্লবা মন্ত্রণা তৌখি।৫—১০। ফন্নিবা দেবসভা অহ্নদা দেবতাশিংনা মতৌ করম তৌরে হাযরগা অমৃত ফংগদগে হাযবম্ন মুন্না থন্নখি। সমুদ্র লৈখদা লৈখ্রবা অমৃতবু ফংননবা মতৌ করম্না সমুদ্রবু ঈশিঙ্তুনা মৈগদগে হাযবগী মবমদা ব্বা তানরকপা মতম অসিদা ভগবান নারায়ণনা ব্রহ্মাদা হায়খিঃ— ॥ ১১ ॥ লাইয়াম খিবিক অমদি দৈত্য-দানব মযামনা তিন্নহনা চফুদা লৈবা ঈশিং লৈবগুম সমুদ্রবু লৈসবা অহ্নতদা অমৃত যংবা ঙমগনি ॥ ১২ ॥ দেবতা পুন্নমক! ময়াম পুন্নমক তিন্নহুনা মখল মখা অয়াম্বা হীদাক লাংতক ওইবঃ উরী ব্বা'রী অমদি মনি রত্ন বয়া ফংলবা ফাওবদা সমুদ্রবু লৈব থাগন্নু অহ্নতদা অমৃত ফংবা ঙমগদবনি ॥ ১৩ ॥

মত্তাং অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লীশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদিপর্ব্বদা আস্তীক কৌথা মত্তাংদা সমুদ্রমন্থন প্রস্তাব কৌথা তরাহুমদোই শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

——:(*):——

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব — আস্তীকে অমৃতমথনং

(তরামম্নি শুবা অধ্যায়)

—:*:—

সৌতিকউবাচ।

ততোঽভ্রশিখরাকারৈর্গিরিশৃঙ্গৈরলঙ্কৃতম্ । মন্দরং পর্বতবরং লতাজালসমাকুলম্ ॥১॥
নানাবিহঙ্গসংঘুষ্টং নানাদংষ্ট্রিসমাকুলম্। কিন্নরৈরপ্সরোভিশ্চ দেবৈরপি চ সেবিতম্ ॥২॥
একাদশ সহস্রাণি যোজনানাং সমুচ্ছ্রিতম্। অধোভূমেঃ সহস্রেষু তাবৎস্বেব প্রতিষ্ঠিতম্ ॥৩॥
তমুদ্ধর্ত্তুমশক্তা বৈ সর্ব্বে দেবগণাস্তদা। বিষ্ণুমাসীনমভ্যেত্য ব্রহ্মাণঞ্চেদমব্রুবন্ ॥৪॥
ভবন্তাবত্র কুরুতাং বুদ্ধিং নৈঃশ্রেয়সীং পরাম্। মন্দরোদ্ধরণে যত্নঃ ক্রিয়তাঞ্চ হিতায় নঃ ॥৫॥

সৌতিরুবাচ।

তথেতি চাব্রবীদ্বিষ্ণুর্ব্রহ্মণা সহ ভার্গব! । অচোদয়দমেয়াত্মা ফণীন্দ্রং পদ্মলোচনঃ ॥৬॥
ততোঽনন্তঃ সমুত্থায় ব্রহ্মণা পরিচোদিতঃ। নারায়ণেন চাপ্যুক্তস্তস্মিন্ কর্ম্মণি বীর্য্যবান্ ॥৭॥
অথ পর্ব্বতরাজানং তমনন্তো মহাবলঃ। উজ্জহার বলাদ্ব্রহ্মন্! সবনং সবনৌকসম্ ॥৮॥

---

সৌতিনা শৌনকনচিংবা মুনিশিংদা হাযখি— মন্দর কৌবা চীং অম লৈরম্মী চীং অদু মথক লোমদা যুথক লিশিং তরামাথোই ল্বাংভি অদুগা লৈখাদসু যুথক লিশিং তরামাথোই লুই। অতিয়া পক্না ল্বাংলবা মাগী মতোম্না চীং অদু থোইদোক্না নিংথিজে। মথল মথা অয়াম্বা উচেক্না সুমিৎ চুপপা ঈশৈ শক্তনা লৈ, অকিবা ফংলবা, হিংসা তৌবা শা কযা কোয়চং চত্তুনা লৈ, অদুগা গন্ধর্ব কিন্নর, অপ্সরা অমদি দেবতাশিংনা লৈবিবা মফমনি। লাইযাম খিবিক তিন্নতুনা হোৎনববসু মন্দর কৌবা চীং অদুবু ফুকপা ঙমখিদ্রে। অদুগী মতুংদা সভা অদুদা ফমলিবা বিষ্ণু অমদি ব্রহ্মাগী মফমদা দেবতাশিংনা ল্বা অসি হায়খি ॥ ১-৪ ॥

[illegible] বিষ্ণু অনিমকনা মন্দর চীংবু ফুকপগী মরমদা কান্নবা ঐখোয়দা বুদ্ধি অমতং পীনবিয়্। ঐখোয়গী কান্নবা অমুকতং শীনবিয়ু ॥ ৫ ॥ সৌতিনা হায়খি— হে ভৃগুশাগৈগী অথোইবা! দেবতাশিংগী ল্বা তাবদা ব্রহ্মা বিষ্ণু অনিমকনা শোইদনা তৌগনি হায়না য়ারে। খংফম থোকত্রবা শক্তিনা মহাকী ওইরবা বিষ্ণুনা অনন্ত বাসুকিদা থবক অসি পাংথোকনবা তৌ হায়না য়াথং পীরে ॥ ৬ ॥ মতম অদুদা মপাঙ্গল থোইনা কলবা বাসুকি হৌগৎলি, ব্রহ্মানা মাঙোন্দা মন্দরবু কক্লনবা তৌ হায়না য়াথং পী, বিষ্ণুনসু মাত্থু তৌরো হায়না য়ারে ॥৭॥ মহর্ষি শৌনক! অদুগী

ততস্তেন সুরাঃ সার্দ্ধং সমুদ্রমুপতস্থিরে। তমূচুরমৃতস্যার্থে নির্মথিষ্যামহে বয়ম্ ॥৯॥

অপাংপতিরথোবাচ মমাপ্যংশো ভবেত্ততঃ। সোঢ়াস্মি বিপুলং মর্দ্দং মন্দরভ্রমণাদিতি ॥১০॥

ঊচুশ্চ কূর্ম্মরাজানমকূপারে সুরাসুরাঃ। অধিষ্ঠানং গিরেরস্য ভবান্ ভবিতুমর্হতি ॥১১॥

কূর্ম্মেণ তু তথেত্যুক্ত্বা পৃষ্ঠমস্য সমর্পিতম্। তং শৈলং তস্য পৃষ্ঠস্থং বজ্রেণেন্দ্রোঽভ্যপীড়য়ৎ ॥১২॥

মন্থনং মন্দরং কৃত্বা তথা যোক্ত্রঞ্চ বাসুকিম্। দেবা মথিতুমারব্ধাঃ সমুদ্রং নিধিমম্ভসাম্ ॥১৩॥

অমৃতার্থে পুরা ব্রহ্মন্। তথৈবাসুরদানবাঃ। একমন্তমুপাশ্লিষ্টা নাগরাজ্ঞো মহাসুরাঃ ॥১৪॥ ( যুগ্মকম্ )

বিবুধাঃ সহিতাঃ সর্ব্বে যতঃ পুচ্ছং ততঃ স্থিতাঃ। অনন্তো ভগবান্ দেবো যতো নারায়ণঃ স্থিতঃ ॥১৫॥

বাসুকেরগ্রমাশ্লিষ্টা নাগরাজ্ঞো মহাসুরাঃ। শির উৎক্ষিপ্য নাগস্য পুনঃ পুনরবাক্ষিপন্ ॥১৬॥

বাসুকেরথ নাগস্য সহসাক্ষিপ্যতোঽসুরৈঃ। সধূমাঃ সার্চ্চিষো বাতা নিষ্পেতুরসকৃন্মুখাৎ ॥১৭॥

তে ধূমসঙ্ঘাঃ সম্ভূতা মেঘসঙ্ঘাঃ সবিদ্যুতঃ। অভ্যবর্ষন্ সুরগণান শ্রমসন্তাপকর্ষিতান্ ॥১৮॥

তস্মাচ্চ গিরিকূটাগ্রাৎ প্রচ্যুতাঃ পুষ্পবৃষ্টয়ঃ। সুরাসুরগণান্ সর্বান্ সমন্তাৎ সমবাকিরন্ ॥১৯॥

---

মতুংদা চাংদমনীংঙাই নৈতনা কল্লবা বাসুকিনা মপাঙ্গল থেক্লা বন অমদি বনদা লৈবা জীবজন্তু পুমন-মককা লোয়ননা চীংনিংথৌ মন্দরবু ফুক্তুনা পুরক্লে ॥৮॥ অহদগী, লাইয়াম খিবিক্লা চীং পুরিবা অনন্ত-বাসুকিগা লোযননা সমুদ্র মপান্দা থুংলয়ে অমদি সমুদ্রবু যেংহনা হাযরকই—সমুদ্র। ঐখোযনা নংবু ভসি অমৃতগীদমক্তা নৈবা তাবে।৯॥ মতম অহদা সমুদ্রনা খুম্মি— অদু ওইরবদি ঐগীসু শরুক অমৃত থর ফংফম থোকইদনা? কবিনা হাযবদা ময়াম চংহনা নৈবগী অন্নাবদু ঐন্না থাংগদৌরিবনি। ১০॥ লাইয়াম অমদি দৈত্য-দানব মযামনা সমুদ্র অহদা লৈরিবা কূর্ম্মরাজদা হায়খি— কূর্ম্মরাজ নংনা, চীং অসিগী তুংনফম ওইবিয়ু ॥১১॥ ঐ যাজরে হায়দুনা থেঙ্গু পুমনমক্কী নিংথৌ অদু চীংখাদা মনঙ্গল ঈনশিনলকলে, মতম অদুদা ইন্দ্রনা মাগী বজ্রনা চীংগী মখা অদু থেঙ্গুগী মনঙ্গন্দা থম্বা য়াননবা চপ মান্নবা শোইদংলে।১২॥ মহর্ষি শৌনক। লাইয়াম অমদি হিংচাবা খিবিক্লা মতৌ অম্বমনা মন্দর কৌবা চীংবু নৈননবা চৈগী মশককুম আনন্ত বাসুকিবু নৈননবা থৌরিগী মতৌগুম মন্দরদা য়েৎশিন্দুনা অমৃত থোকননবগীদমক্তা সমুদ্র নৈবা হৌরক্লে। হিংচাবশিংনা বাসুকিগী মকোকথংবা শরুক পায়খি ॥ ১৩—১৪ ॥ অদুগা লাইয়াম খিবিকনা বাসুকিগী মমৈথংবা শরুক পায়খি। সাক্ষাৎ নারায়ণগী শক্তি পুবা মরমনা দেবতা অমদি অসুরশিংনা নাকল অনিমক্তা চিংনখিবা অদু থাংখি। ১৫ ॥ হিংচাবশিংনা লিল নিংথৌ বাসুকিগী মকোকথংবা শরুকপু পায়দুনা লেকথরকপা কোক অদুবু হন্না হন্না থাঙ্গৎতুনা চিংখি ॥ ১৬ ॥

হিংচাবশিংনা চিংবসিদা লিল নিংথৌগী ময়াদগী মৈথুগা লোইনরবা মৈরিনা লিলগী সুংসা শোয়গা লোয়ননা হন্না হন্না থোরকই ॥১৭॥ থোরকইবা মৈথু মপৈ অহনা নোংথাংগা লোইনবা নোংগী মপৈ ওনখিদুনা, কন্না হোৎনবনা কালেনগী চাক্রবা মুংশাদা হুমাং কাযবা লাইহিংচাবা খিবিক্কী মথক্তা চুথরকখি ॥ ১৮ ॥ অদুম ওইবা মন্দর কৌবা চীংজাউগী চীংত্রোমদগী শিন্নরকপা লৈগী মোনা

বভূবাত্র মহান্নাদো মহামেঘরবোপমঃ। উদধের্মথ্যমানস্য মন্দরেণ সুরাসুরৈঃ ॥২০॥
তত্র নানা জলচরা বিনিষ্পিষ্টা মহাদ্রিণা। বিলয়ং সমুপাজগ্মুঃ শতশো লবণাম্ভসি ॥২১॥
বারুণানি চ ভূতানি বিবিধানি মহীধরঃ। পাতালতলবাসীনি বিলয়ং সমুপানয়ৎ ॥২২॥
তস্মিংশ্চ ভ্রাম্যমাণেঽদ্রৌ সংঘৃষ্যন্তঃ পরস্পরম্। ন্যপতন্ পতগোপেতাঃ পর্ব্বতাগ্রান্মহাদ্রুমাঃ ॥২৩॥
তেষাং সংঘর্ষজশ্চাগ্নিরর্চ্চির্ভিঃ প্রজ্বলন্ মুহুঃ। বিদ্যুদ্ভিরিব নীলাভ্রমাবৃণোন্মন্দরং গিরিম্ ॥২৪॥
দদাহ কুঞ্জরাংস্তত্র সিংহাংশ্চৈব বিনির্গতান্। বিগতাসূনি সর্ব্বাণি সত্ত্বানি বিবিধানি চ ॥২৫॥
তমগ্নিমমরশ্রেষ্ঠঃ প্রদহন্তমিতস্ততঃ। বারিণা মেঘজেনেন্দ্রঃ শময়ামাস সর্ব্বশঃ ॥২৬॥
ততো নানাবিধাস্তত্র সুস্রুবুঃ সাগরাম্ভসি। মহাদ্রুমাণাং নির্য্যাসা বহবশ্চৌষধীরসাঃ ॥ ২৭ ॥
তেষামমৃতবীর্য্যাণাং রসানাং পয়সৈব চ। অমরত্বং সুরা জগ্মুঃ কাঞ্চনস্য চ নিঃস্রবাৎ ॥ ২৮ ॥
ততস্তস্য সমুদ্রস্য তজ্জাতমুদকং পয়ঃ। রসোত্তমৈর্বিমিশ্রঞ্চ ততঃ ক্ষীরাদভূদ্ঘৃতম্ ॥২৯ ॥
ততো ব্রহ্মাণমাসীনং দেবা বরদমব্রুবন্। শ্রান্তাঃ স্ম সুভৃশং ব্রহ্মন্! নোদ্ভবত্যমৃতঞ্চ তৎ ॥ ৩০॥
ঋতে নারায়ণং দেবং সর্ব্বেঽন্যে দেবদানবাঃ। চিরারব্ধমিদং চাপি সাগরস্যাপি মন্থনম্ ॥ ৩১ ॥ (যুগ্মকম্)

---

লাইহিংচাবশিংগী মথক্তা তাখি ।১৯॥ লাইহিংচাবখিবিকনা মন্দর চীংবু থাদতুনা নৈরকপা মতমসিদা সমুদ্রনা শুকনা মন্নবা নোংগী খোঙ্গেলগুম লাউরকপা ইরাওখোন্না মায়গৈ মরি শন্দোকখি ॥ ২০ ॥

মখল মখা অযাম্বা ঈশিংদা লৈবা জীবনা মন্দর চীংনা তকপা অহুদা নৈহৎখিদুনা সমুদ্র ঈশিংদা লুপখি ॥ ২১ ॥ মন্দর চীংনা লৈরকপদা পাতালদা লৈরিবা বরুন দেবতাগী লৈবাক্তা লৈবা মখল্বাই পানবা জীব মখল মখল মাংখি ॥ ২২ ॥ চীং অসিনা হন্ন হন্না লৈরকপদা চীংথক্ত হৌরিবা উপাম্বী পুম্নমক অমগা অমগা থেঙ্গাযনরুকলবাদা তোংলম্বা উচেকশিংনা মায়কৈ মরিদা পাইথোকলখি ॥ ২৩ ॥ অমগ অমগা তকনবদা উশিংদগী মৈ হৌখি, হৌরক্লিবা মৈ অহুনা মৈরিফংনা চাক্লক্লবা নোংগা লোয়নবা মুরবা নোংগী মতৌগুম মৈরিনা মন্দর চীংবু কুপখি ॥ ২৪ ॥ মৈ অহুনা চাউরবা লৈকুৎ অমদি কোমদগী চোংথোরকপা শামু, নোংশা, অমদি মখল মখা অয়াম্বা শিরবা জীব কয়াগী মশা চাবখোকখি ॥ ২৫ ॥ মতম অদুদা দেবরাজ ইন্দ্রনা নোংগী মপৈ খিকথরক্তুনা মায়গৈ মরিদা হৌরকপা মৈবু মুৎথৎখি ॥২৬॥ অদুগী মতুংদা ফর ফরবা উপাম্বী কয়াদগী মখল মখা অয়াম্বা কানরবা অনম্না পোৎ শৌন্নোকখি, অমদি উরী মখল কয়াগী মহীনা শৌদোকরক্তুনা সমুদ্রগী থুমহিদা তাখি ॥২৭॥ অমৃতগী মতৌগুম শক্তি লৈরবা মহিনা শিন্দুরকতুনা শৌদোকররবা সনাগী মচি ওইবা শরুক্কা তিন্নহুনা খোরকপা পোৎশক অহুনা দেবতাশিংনা অমর ওইবা ফংখি ॥৩৮॥ অদুগী মতুংদা সমুদ্রগা অহুগুম্বা থুমহি অহুনা উরী ব্বারিগী রস অহুগা তিন্নহুনা শঙ্গোম অহুদগী থী পোকখি ॥ ২৯ ॥ ব্রহ্মানা মফম অতুদা ফমদুনা য়েংলমই, দেবতাশিংমকপু বর পীবা ঙম্বা ব্রহ্মানি, দেবতাশিংনা ব্রহ্মাদা হায়খি— পিতামহ। বিষ্ণুতদি নত্তনা লাই-হিংচাবা ঐথোয় পুম্নমক মতম চুপাপা সমুদ্র নৈরকপা অসিদা য়াম্না চোকখরে, ঐথোয়না সমুদ্র নৈরক্লিবাসি কুইরকলে আদুবু অমৃতদি হৌজিক ফাউবা থোরক্তি ॥৩০-৩১॥ অদুগী মতুংদা ব্রহ্মানা নারায়ণদা

ততো নারায়ণং দেবং ব্রহ্মা বচনমব্রবীৎ। বিধৎস্বৈষাং বলং বিষ্ণো! ভবানত্র পরায়ণম্ ॥ ৩২॥

বিষ্ণুরুবাচ।

বলং দদামি সর্ব্বেষাং কর্ম্মৈতদ্যে সমাশ্রিতাঃ। ক্ষোভ্যতাং কলশঃ সর্ব্বৈর্মন্দরঃ পরিবর্ত্ত্যতাম্ ॥৩৩॥

সৌতিরুবাচ।

নারায়ণবচঃ শ্রুত্বা বলিনস্তে মহোদধেঃ। তৎ পয়ঃ সহিতা ভূয়শ্চক্রিরে ভৃশমাকুলম্ ॥৩৪॥

ততঃ শতসহস্রাংশুর্মথ্যমানাত্তু সাগরাৎ। প্রসন্নাত্মা সমুৎপন্নঃ সোমঃ শীতাংশুরুজ্জ্বলঃ ॥ ৩৫॥

শ্রীরনন্তরমুৎপন্না ঘৃতাৎ পাণ্ডুরবাসিনী। সুরাদেবী সমুৎপন্না তুরগঃ পাণ্ডুরস্তথা ॥৩৬॥

কৌস্তুভস্তু মণির্দিব্য উৎপন্নো ঘৃতসম্ভবঃ। মরীচিবিকচঃ শ্রীমান্ নারায়ণ উরোগতঃ ॥৩৭॥

পারিজাতস্তু তত্রৈব সুরভিস্তু মহামুনে! অজায়ত তদা ব্রহ্মন্! সর্ব্বকামফলপ্রদে ॥৩৮॥

শ্রীঃ সুরা চৈব সোমশ্চ তুরগশ্চ মনোজবঃ। যতো দেবাস্ততো জগ্মুরাদিত্যপথমাশ্রিতাঃ ॥৩৯॥

ধন্বন্তরিস্ততো দেবো বপুষ্মানুদতিষ্ঠত। শ্বেতং কমণ্ডলুং বিভ্রদমৃতং যত্র তিষ্ঠতি ॥৪০॥

এতদত্যদ্ভুতং দৃষ্ট্বা দানবানাং সমুত্থিতঃ। অমৃতার্থে মহান্নাদো মমেদমিতি জল্পতাম্ ॥৪১॥

শ্বেতৈর্দন্তৈশ্চতুর্ভিস্তু মহাকায়স্ততঃ পরম্। ঐরাবতো মহানাগোঽভবদ্বজ্রভৃতা ধৃতঃ ॥৪২॥

---

হায়রকই— বিষ্ণু! মযাম অসিদা পাঙ্গল হাপ্লিযু; বিষয় অসিদা নতনা অম্সুক গ্রামবা অসিগী পার্ম্বেনি ॥৩২॥ বিষ্ণুনা হাযখি— অসিগুম্বা কান্নবা থবক অসিদা পুকনিং চংনা তৌরিবা মখোযদা ঐনা মপাঙ্গল হাপ্লবনি, অদুনা পুম্নমকনা অমুক মন্দর চীংবু কম্না লৈদুনা সমুদ্রবু নৈবা হৌরিরো ॥৩৩॥ সৌতিনা হাযখি— লাই-হিংচাবা খিবিকনা শ্রীনারায়ণগী ৱা তাবদা খংহৌদনা নৌনা অমুক কনথংলক্লে, মশা ইতেক তেক খংলবলে, পুম্নমক তিন্নদুনা হান্নদগী হেন্ন কম্না সমুদ্র নৈবা হৌরক্লে ॥ ৩৪ ॥ অদুগী মতুংদা মশিংলাকডমদ্রবা মশেক শুববা, মকজুবা মশেক্কা মাগী ওইবা অমদি ঈংলবা মঙালনা মাগী ওইবা, লংলবা থানা নৈথায়ববা সমুদ্র ইয়াইদগী থোরকখি ॥ ৩৫ ॥ অদুগী মতুংদা ঘীগী সমুদ্রদুদগী অঙৌবা থম্বাল লৈকাদা তোংবী লক্ষ্মীদেবী থোরকখি, অমসুং সুরাদেবী অদুগা ভোরবা শগোল উচ্চৈঃশ্রবা থোরকখি ॥ ৩৬ ॥

অদুগী মতুংদা মাযকৈ মবিমক্তা মঙাল শন্দোক্লবা ফজবদা পান্দমনিংঙাই লৈত্রবা মর্ত্তলোকতা ফংদ্রবা কৌস্তুভ মণিসু ঘী অদুদগী থোকখি, থোরকপামক্তদা নারায়ণগী নিংথিরবা খবাক্তা ভানখোইখি ॥৩৭॥ মহর্ষি শৌনক! সমুদ্র অদুদগী পারিজাত পাম্বী অমদি সুরভি ষণবী পোকখি, মখোয়শিং অসিনা মী পুমনমক্কী নিংবা থুংহনখি ॥৩৮॥ লক্ষ্মীদেবী, সুরা দেবী, চন্দ্রমা অমদি পুক্লিংগা চপমান্নন য়াংলবা উচ্চৈঃশ্রবা, পুম্নমক অসি অকাশগী লম্বীদা লাক্তুনা দেবতাশিংনা লৈরিবা ꠰কম অদুদা থুংলরে ॥৩৯॥ অদুগী মতুংদা মূর্ত্তি নাইনা চোংথোরক্তুনা ধন্বন্তরি দেবনা অমৃতনা থল্লবা ঙৌবা চকু পায়তনা চোংথোরক্লে ॥৪০॥ অচকপা থৌদোক অসি উবদা হিংচাবশিংনা ঐগীনি ঐগীনি হায়না লাউনরক্লে, অমৃতগীদমক্তা মাযকৈ মরিমক পুম্ননীনা নীরক্লে ॥৪১॥ অদুগী মতুংদা শ্বেতোক

অতিনির্ম্মথনাদেব কালকূটস্তথাপরঃ । জগদাবৃত্য সহসা সধূমাঽগ্নিরিব জ্বলন্ ॥৪৩॥

ত্রৈলোক্যং মোহিতং যস্য গন্ধমাঘ্রায় তদ্বিষম্ । প্রাগ্রসল্লোকরক্ষার্থং ব্রহ্মণো বচনাচ্ছিবঃ ॥৪৪॥

দধার ভগবান্ কণ্ঠে মন্ত্রমূর্ত্তির্মহেশ্বরঃ । তদাপ্রভৃতি দেবস্তু নীলকণ্ঠ ইতি শ্রুতঃ ॥৪৫॥

এতত্তদদ্ভুতং দৃষ্ট্বা নিরাশা দানবাঃ স্থিতাঃ । অমৃতার্থে চ লক্ষ্ম্যর্থে মহান্তং বৈরমাশ্রিতাঃ ॥৪৬॥

ততো নারায়ণো মায়াং মোহিনীং সমুপাশ্রিতঃ । স্ত্রীরূপমদ্ভুতং কৃত্বা দানবানভিসংশ্রিতঃ ॥৪৭॥

ততস্তদমৃতং তস্যৈ দদুস্তে মূঢ়চেতসঃ । স্ত্রিয়ৈ দানবদৈতেয়াঃ সর্ব্বে তদ্গতমানসাঃ ॥৪৮॥

সা তু নারায়ণী মায়া ধারয়ন্তী কমণ্ডলুম্ । আস্যমানেষু দৈত্যেষু পঙ্‌ক্ত্যা চ প্রতি দানবৈঃ ।

দেবানপায়য়দ্দেবী ন দৈত্যাংস্তে চুক্রুশুঃ ॥৪৯॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

আস্তীকে অমৃতমথনং নাম চতুর্দ্দশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥



চোবা, চাউরবা মযা মরি পানবা অমদি ঋাং চাউরবা ঐরাবত শামু থোরকখি, খুদক্তা ইন্দ্রনা ফাভুনা মাগী ওইখি ॥৪২॥ অমদগী অমুক কন্না নৈরকপদা কালকূট হু থোকখি. হু অদুনা মৈখুগা লোইনরবা মৈরিগুম চাকখি, জগৎ পুম্বা শিন্থুংখি ॥৪৩॥ মাগী মনম ফংবদা মরোন অদুমগী মী পুম্বা মূর্চ্ছা ফংখি, ব্রহ্মানা য়াম্না নোলুক্না হায়ত্রবদা মহাদেবনা মরোন অদুমবু কনগে হায়দুনা কালকূট কৌবা হু অদবু উনশিনখি ॥৭৪॥ মন্ত্রগী মশক ওইরবা মহাদেবনা যোৎশিন্দনা হু অদুবু গৌবি চবনদা থনখি, অদুদগী হৌনা মহাদেববু নীলকণ্ঠ হায়নমু খংনখি ॥৪৫॥

হিংচাবশিংনা কালকূট হুবু থকচিনখিবা উবদা নীংবা কায়রদুনা মখোইগী শকক তান্নরকপগুম অমৃতগা লক্ষ্মীগা ফংগে হায়না আপত্তি তৌরক্লে ॥ ৪৬ ॥ অদুগী মতুংদা নারায়ণনা মোহিনী মায়া পুথোক্তুনা অঙকপা ফংনা ফজরবী নুপীগী মশক লৌদুনা হিংচাবাশিংগী মনাক্তা হুংলরে ॥ ৫৭ ॥ অদুগী মতুংদা পংলবা হিংচাবাশিংনা নুপী অদুদা শুক্লাংখিদুনা অমৃত চফু অদু মাঙোন্দা পিথোকখ্রে ॥ ৪৮ ॥ মতম অদুদা নারায়ণগী মাযা মূর্ত্তি ওইরবী নুপী অদুনা অমৃতগী কমণ্ডলু অদু পুদুনা লাইযামখিবিক্কী মমাংদা হিংচাবাশিং অদুবু তুমিন তুমিন মথং মথং ফমহল্লগা দেবতাশিংতদা অমৃত অদু য়েন্দুনা পীথকখি, হিংচাবশিংদদি থুংবিদরে. অদুদা দৈত্য-দানব পুম্নমককী অশাওবগী খোল্লেলমা মায়কৈ মরি শীনখি ॥ ৪৯ ॥

মত্তাং অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদি পর্ব্বদা আস্তীকগী মতাংদা অমৃত মথন কৌবা তরামরি শুবা অধ্যায লোইরে ॥



# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব—আস্তীক অমৃত মথন

( তরামঙাশুবা অধ্যায়ঃ )

—(১)—

সৌতিরুবাচ ।

অথাবরণমুখ্যানি নানাপ্রহরণানি চ । প্রগৃহ্যাভ্যদ্রবন্ দেবান্ সহিতা দৈত্যদানবাঃ ॥১॥

ততস্তদমৃতং দেবো বিষ্ণুরাদায় বীর্য্যবান্ । জহার দানবেন্দ্রেভ্যো নরেণ সহিতো বিভুঃ ॥২॥

ততো দেবগণাঃ সর্ব্বে পপুস্তদমৃতং তদা ॥ বিষ্ণোঃ সকাশাৎ সংপ্রাপ্য সম্ভ্রমে তুমুলে সতি ॥৩॥

ততঃ পিবৎসু তৎকালং দেবেষ্বমৃতমীপ্সিতম্ । রাহুর্বিবুধরূপেণ দানবঃ প্রাপিবত্তদা ॥৪॥

তস্য কণ্ঠমনুপ্রাপ্তে দানবস্যামৃতে তদা । আখ্যাতং চন্দ্রসূর্য্যাভ্যাং সুরাণাং হিতকাম্যয়া ॥৫॥

ততো ভগবতা তস্য শিরশ্ছিন্নমলঙ্কৃতম্ । চক্রায়ুধেন চক্রেণ পিবতোঽমৃতমোজসা ॥৬॥

তচ্ছৈলশৃঙ্গপ্রতিমং দানবস্য শিরো মহৎ । চক্রচ্ছিন্নং খমুৎপত্য ননাদাতিভয়ঙ্করম্ ॥৭॥

তৎ কবন্ধং পপাতাস্য বিস্ফুরদ্ধরণীতলে । সপর্ব্বতবনদ্বীপাং দৈত্যস্যাকম্পয়ন্মহীম্ ॥৮॥

---

সৌতিনা হায়খি— অদুগী মতুংদা দৈত্য-দানব খিবিকনা অমত্তা ওইনা তিন্নদুনা ফন্ন-ফন্নবা অমদি খুৎলায় চংদ্রবা কবচ লিৎতুনা থোৱ থোববা খুৎলায় পাযদুনা দেবতা খিবিব্রা মাথৈদা চেনশিলক্নে ॥ ১ ॥ অদুগী মতুংদা কল্লবা অমদি শক্তি পুমনমককী তুংনফম ওইরবা বিষ্ণুনা নরদেবগা লোয়ননা হায়রবদি নর-নারায়ণ অনিনা হিংচাবাশিংগী মথুক্তুগী অমৃতবু মুন্দুনা পুখি ॥ ২ ॥ অদুগী মতুংদা চোকথরবা তৌফম থংদ্রবা দেবতাশিংনা বিষ্ণুগী মফমদগী অমৃতদু লৌদুনা থকখি ॥ ৩ ॥ অদুগা অদুদা লাইযামনা মতম কুইনা নিংজরক্লবা অমৃত থকলিঙৈদা, নারোন্দা রাহু কৌবা হিংচাবা অমনা লাইগী মশক লৌরদুনা লাইয়াম মরক্ত য়াওশিন্দুনা অমৃত থকলরে ॥ ৪ ॥ অমৃতদুনা রাহুগী মখৌরিদগী নানশিনবগুম নাশিনদবগুম তৌরিঙৈ মতম অদুদা, নাকল অনিমকতা লৈরিবা চন্দ্র সূর্য্য অনিমক্না দেবতাশিংগী কান্নবগীদমক পাউ বিষ্ণুগী মফমদা চেন্দুনা তম্মুরে ॥ ৫ ॥ অদুগী মতুংদা হেক তাবদা বিষ্ণুনা চক্র পায়দুনা চোংথোরক্তুনা অমৃত থক্কে তৌরিবা রাহু অদুগী মকক কক্থৎখরে ॥ ৬ ॥ চক্রনা ককথৎখ্রবা চীংদোনগী মতৌ শুমলবা রাহুগী মকোক অদুনা অত্তিয়দা শায়না পায়না অকিবগী খোঞ্জেল্লা লাওখি ॥ ৭ ॥ অদুগী মতুংদা মকোক য়াওদ্রবা রাহুগী হকচাংবা থরো মালো ভন্দুনা লৈমায় থক্তা তাখি, হেক তারকপদা চীংমানখন—দ্বীপনচিংবা পুম্নমক

ততো বৈরবিনির্ব্বন্ধঃ কৃতো রাহুমুখেন বৈ। শাশ্বতশ্চন্দ্রসূর্য্যাভ্যাং গ্রসত্যদ্যাপি চৈব তৌ ॥৯॥
বিহায় ভগবাংশ্চাপি স্ত্রীরূপমতুলং হরিঃ। নানা প্রহরণৈর্ভীমৈর্দানবান্ সমকম্পয়ৎ ॥১০॥
ততঃ প্রবৃত্তঃ সংগ্রামঃ সমীপে লবণাম্ভসঃ। সুরাণামসুরাণাঞ্চ সর্বঘোরতরো মহান্ ॥১১॥
প্রাসাশ্চ বিপুলাস্তীক্ষ্নাঃ ন্যপতন্ত সহস্রশঃ। তোমরাশ্চ সুতীক্ষ্নাগ্রাঃ শস্ত্রাণি বিবিধানি চ ॥১২॥
ততোঽসুরাশ্চক্রভিন্না বমন্তো রুধিরং বহু। অসি-শক্তি-গদা-রুগ্না নিপেতুর্ধরণীতলে ॥১৩॥
ছিন্নানি পট্টিশৈশ্চাপি শিরাংসি যুধি দারুণৈঃ। তপ্তকাঞ্চনচিত্রাণি নিপেতুরনিশং তদা ॥১৪॥
রুধিরেণাবলিপ্তাঙ্গা নিহতাশ্চ মহাসুরাঃ। অদ্রীণামিব কূটানি ধাতুরক্তানি শেরতে ॥১৫॥
হাহাকারঃ সমভবত্তত্র তত্র সহস্রশঃ। অন্যোন্যং ছিন্দতাং শস্ত্রৈরাদিত্যে লোহিতায়তি ।১৬।
পরিঘৈরায়সৈস্তীক্ষ্নৈঃ সন্নিকর্ষে চ মুষ্টিভিঃ। নিঘ্নতাং সমরেঽন্যোন্যং শব্দো দিবমিবাস্পৃশৎ ।১৭।
ছিন্ধি ভিন্ধি প্রধাব ত্বং পাতয়াভিসরেতি চ। ব্যশ্রূয়ন্ত মহাঘোরাঃ শব্দাস্তত্র সমন্ততঃ ।১৮।
এবং সু তুমুলে যুদ্ধে বর্ত্তমানে মহাভয়ে। নরনারায়ণৌ দেবৌ সমাজগ্মতুরাহবম্ ।১৯॥
তত্র দিব্যং ধনুর্দৃষ্ট্বা নরস্য ভগবানপি। চিন্তয়ামাস তচ্চক্রং বিষ্ণুর্দানবসূদনম্ ॥২ ॥

---

লোইননা পৃথিবীনা থক থক নীকখি ॥৮॥ 'অদুগী মতুংদা রাহুগী মকোক অদুনা অভিযাদা পায়ত্তনা ব্রা অসি লাউখি — ঙসিদগী হৌনা চন্দ্র-সূর্য্য অনিনা লৈরিমখৈ মখোয় অনি অসিনা লেংত্রবা য়েক্কনবা ওইবগদৌবনি। অদুনা ঙসি ফাউবা সুমিৎ থা অনিবু রাহুনা উমগে তান্নেরি-বনি' ॥৯॥ অসোমদা ভগবান্ নাবায়ণস্সু ফজরবা সুপী অদুগী শকফম থাদোকতুনা মথল মথা অয়াম্বা খৌর খৌরবা থুলাই উৎতুনা দৈত্য-দানবশিংব্র কিবনা থক থক নীকহনখি ॥১০॥ অদুগী মতুংদা লবণ সমুদ্রগী মপান্দা লাই হিংচাবর্গী কল্লবা লাম্লাও থোকই ॥১১॥ পক্ষ অনিমক্তগী খৌরবা, শা'লবা, থাং, তা, তোমর অমদি নারাচনচিংবা খুৎলোয় লিশিং লিশিং কাপথোকনরকতুনা অমনা অমগী মশাদা থানরবলে ॥১২॥

অদুগী মতুংদা হিংচাবা কয়ানা চক্রনা থাবদুদা ঈ হাথদুনা লৈমায়থক্তা তুখি, অদুগা কয়ানা থাং, তা, অমদি গদানা থাবদুদা মথব্রাই থাদুনা লৈমায়থক্ত হিপখি ॥১৩॥ হিংচাবাশিংগী মশল মথা অযাম্বা লৈতেংনা তিল্লবা কোক্কী মপৈনা অতৎ অথমলৈতনা লৈমায়দা তাখি ॥১৪॥ খুৎলাইনা পাল্লবা হিংচাবশিংগী হকচাংদো ঈনা পুমলুপ লুপথরে, ধাতু মথল মথলনা লৈতেংলবা চীংগী মতৌগুম লৈমায়দা তাদুনা লৈখে ॥১৫॥ সুমিৎনা তারকলবদা লায়-হিংচাবাখিবিক্লা অমগা অমগা থানরক্রে, অক্তিবাগী মশক ফংলবা হাহাকার খোঞ্জেল্লা পুননিল নীলনরক্রে ॥১৬॥ অরাপ অরাপ্ত-দগী য়োংন পুমহৈ হৈদুনা শারবা তাগী মপৈনা লংনরক্তুনা অমদি অনকপা খিবিক্লা হাকথেংননা থুদুমনা শুনরকপনা, চৈনা খোনগী অরা অনা খোঞ্জেল্লা নোংদোন শিন্দুংখি ॥১৭॥ ককথৎলু, হাৎলু, থিল্লু, তুহল্লু, তকশিল্লু, অসিগী খোঞ্জেলতনা লানফমগী মায়গৈ মরি শিন্দুংখি ॥১৮॥

মতৌ অসুম্বা লায়হিংচাবনা অকনবা লান থেংনরিঙৈদা নর-নারায়ণ অনিনা লানফম অদুদা থুংলরে ॥১৯॥ অমম অদুদা নরদেবগী মথুত্তা পায়রিবা লীরুং অদু উবদা ভগবান নারায়ণস্সু হিংচাবা

ততোঽম্বরাচ্চিন্তিতমাত্রমাগতং মহাপ্রভং চক্রমমিত্রতাপনম্ ।
বিভাবসোজ্জ্বলমকুণ্ঠমণ্ডলং সুদর্শনং সংযতি ভীমদর্শনম্ ॥২১॥

তদাগতং জ্বলিতহুতাশনপ্রভং ভয়ঙ্করং করিকরবাহুরচ্যুতঃ ।
মুমোচ বৈ প্রবলবদুগ্রবেগবান্ মহাপ্রভং পরনগরাবদারণম্ ॥২২॥

তদন্তকজ্বলনসমানবর্চ্চসং পুনঃ পুনর্ন্যপতত বেগবত্তদা ।
বিদারয়দ্দিতিদনুজান্ সহস্রশঃ করেরিতং পুরুষবরেণ সংযুগে ॥২৩॥

দহৎ ক্বচিজ্জ্বলন ইবাবলেলিহৎ প্রসহ্য তানসুরগণান্ ন্যকৃন্তত ।
প্রবেরিতং বিয়তি মুহুঃ ক্ষিতৌ তথা পপৌ রণে রুধিরমথো পিশাচবৎ ॥২৪॥

তথাঽসুরা গিরিভিরদীনচেতসো মুহুর্মুহুঃ সুরগণমার্দ্দয়ংস্তদা ।
মহাবলা বিগলিতমেঘবর্চ্চসঃ সহস্রশো গগনমভিপ্রপদ্য হ ॥২৫॥

অথাম্বরাদ্ভয়জননাঃ প্রপেদিরে সপাদপা বহুবিধমেঘরূপিণঃ ।
মহাদ্রয়ঃ পরিগলিতাগ্রসানবঃ পরস্পরং দ্রুতমভিহত্য সস্বনাঃ ॥২৬॥

ততো মহী প্রবিচলিতা সকাননা মহাদ্রিপাতাভিহতা সমন্ততঃ
পরস্পরং ভৃশমভিগর্জতাং মুহুঃ রণাজিরে ভৃশমভিসম্প্রবর্ত্তিতে ॥২৭॥

---

শাটে মাংনবগী মশক ওইরবা সুদর্শন চক্র নিংশিংলক্লে ॥২০॥ অদুগী মতুংদা নিংশিংবমক্তদা অকিবগী মশক ফংলবা সুদর্শন চক্র অসি অকাশগী লম্বীদা পাযরক্লে, মৈগী মতৌগুম লংলবা চক্র অসিনা য়েল্লবা পুম্বগী থমোইদা অকিবা পোকহনখি, মশেক মণ্ডাল্লা মাযগৈ পুম্নমক শন্দোকখি, কোযবক কোইরবা চক্রগী ময়াদা করিগুম্বা মতমদা মকোয় মান্নদবা অকুৎপগী শরুক উবা ফংদে ॥২১॥ শামুগী নাতামগী মতৌগুম খুউ য়োমা চোল্লবা পাম্বোম অনিনা মহাক্কি ওইবা নরাযণনা যেক্লবা—লৈবাক মাংহন্নবগী মশক ওইরবা, শক্তি লৈরবা, মৈগী মতৌগুম লংলবা, অকিবগী মশক ফংলবা চক্রবু য়াম্না কল্লা হিংচাবশিংগী মায়কৈরোমদা লংখি ॥২২॥ পুরুষশিংগী মনুংদগী অথোইবা নারায়ণগী খুত্তগী চোংথোরকপা, মৈগী মতৌগুমনা চাল্লবা সুদর্শন চক্রনা দৈত্য-দানব লিশিং লিশিংবু হন্না হন্না হাৎনা হাৎনা হিংচাবশিংগী মথক্তা হন্না হন্না চোংশিন্নক্লে ॥২৩॥ বিষ্ণুনা লংলকপা সুদর্শন চক্রনা হন্না হন্না আকাশদা অমুক্তা লৈমাযথক্তা হঙৎ হন্দা চত্তুনা মৈকুনগী মতৌগুম চোংশিন চোংশিন্দুনা হিংচাবা কয়াবু উৎ ওইনা মাংহন্নি, কয়াবুনা চাকথেকলি, কয়াবুনা কক্তুনা লংথোকলি; অদুগা হিংচাবগী মতৌগুম হিংচাবা কয়াগী মথৎবাক হোগায়দুনা ঈথুজোক থুজোক থকলি ॥ ২৪ ॥ নোংগী মতৌগুম শংবান্নবা, মুরবা অমদি মপাঙ্গল থোইনা কল্লবা হিংচাবা লিশিং লিশিংনা অন্নাবা লৈতনা অতিয়াদা শাইথৎ পাইথক্তুনা লায়রাম খিখিক্কি মথক্তা অচৌবা চীং, উ, মশেংমশেং লংথরকলি ॥ ২৫ ॥ অদুগী মতুংদা মথক মথা অয়াম্বা মচু ওইরবা নোংগী মতৌগুম অকিবগী মশক ফংলবা চীংয়াম্দুনা অমগা অমগা থেনায়নদুনা অতিয়াদগী খোঞ্জেল খোক্লা মচেৎ মচেৎ তারক্লি, মথন্দা চীংশিং অদুগী তিম্নরিবা মরক পুম্নমক নাক্লোক্তুনা তাখি ॥২৬॥ অদুগী মতুংদা লান্থ—হিংচাবা খিবিকনা অমগা অমগা

নরত্ততো বরকনকাগ্রভূষণৈর্মহেষুভির্গগনপথং সমাবৃণোৎ।
বিদারয়ন্ গিরিশিখরাণি পত্রিভির্মহাভয়েঽসুরগণবিগ্রহে তদা ॥২৮॥
ততো মহীং লবণজলঞ্চ সাগরং মহাসুরাঃ প্রবিবিশুরার্দ্দিতাঃ সুরৈঃ।
বিয়দ্গতং জ্বলিতহুতাশনপ্রভং সুদর্শনং পরিকুপিতং নিশাম্য তে ॥২৯॥
ততঃ সুরৈর্বিজয়মবাপ্য মন্দরঃ স্বমেব দেশং গমিতঃ সুপূজিতঃ।
বিনাদ্য খং দিবমপি চৈব সর্ব্বশঃ ততো গতাঃ সলিলধরা যথাগতম্ ॥৩০॥
ততোঽমৃতং সুনিহিতমেব চক্রিরে সুরাঃ পরাং মুদমভিগম্য পুষ্কলাম্।
দদৌ চ তং নিধিমমৃতস্য রক্ষিতুং কিরীটিনে বলভিদথামরৈঃ সহ ॥৩১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
আস্তীকে অমৃতমথনসমাপ্তির্নাম পঞ্চদশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

——:(*):——

লাউনখি, লানফম মপাগী অতিয়াদগী হিংচাবানা লংথরকপা চাউর চাউববা চীং ময়ামনা তারকপদা মায়গৈ মরিগী বন কযা লমদম কযা থক থক নীকখি ॥২৭॥ অদুগী মতুংদা নরদেবনা অকীবগী মশক ফংলবা লাযহিংচাবাশিংগী লানদা থৌর থৌরবা তেন্না হিংচাবাশিংনা লংলকপা চীং ময়াম্ব মতুপ মতুপ থোক্না ককথংলগা অতোপ অতোপ্পা সনানা-তেন্না গুইরবা তেন মপেনা অতিয়াবু কুপখি ॥২৮॥ অদুগী মতুংদা হিংচাবশিংনা লায়য়াম খিবিক্কি মথুক্তা মাযথিবা ফংদুনা অমদি আকাশদা মৈগী মতৌ-গুম চাকলিবা শাউরবা সুদর্শন চক্র উবদা কিদুনা নৈমুংদা অমদি সমুদ্র লৈথাদা চেন্দুনা লোৎখি। ॥২৯॥ অদুগী মতুংদা দেবতাশিংনা লান ভমদুনা তরাম তরামনা মন্দর চীংজাউবু হায়গী মফমদা থমখি, অমসুং নোং য়ামনা ভংল ভংলদুনা আকাশ মগুল অমদি স্বর্গবু পূমনিন নিন্দুনা লাকখিবা অদুগুম ভংল ভংলদুনা মাগী মাগী মফমদা হন্জিনখি ॥৩০॥ অদুগী মতুংদা লায়য়াম খিবিক্না নুংঙাই-রদুনা অমৃতদুবু য়ামনা চেংনা থমখি, মরমদি ইন্দ্রনা অতোপ অতোপ্পা লায়য়াম খিবিক্না লোয়ননা অমৃতগী চফু অদুবু চেংনা থম্মীয়ু হায়না নারায়ণগী মথুক্তা শিন্নখি ॥৩১॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা, লেংবা সংহিতাদা আদি পর্ব্বদা আস্তীকগী মতাংদা অমৃত মথন সমাপ্তি কৌবা তরামঙাগুবা অধ্যায় লোইরে ॥

——:(*):——

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব — আস্তীক সৌপর্ণে

(তরাতরুক শুবা অধ্যায়)

—•❊•—

সৌতিরুবাচ ।

এতত্তে কথিতং সর্ব্বমমৃতং মথিতং যথা। । যত্র সোঽশ্বঃ সমুৎপন্নঃ শ্রীমানতুলবিক্রমঃ ॥ ১ ॥

যং নিশাম্য তদা কদ্রুর্বিনতামিদমব্রবীৎ । উচ্চৈঃশ্রবা হি কিংবর্ণো ভদ্রে ! প্রব্রূহি মা চিরম্ ॥২॥

বিনতোবাচ ।

শ্বেত এবাশ্বরাজোঽয়ং কিং বা ত্বং মন্যসে শুভে ! । ব্রূহি বর্ণং ত্বমপ্যস্য ততোঽত্র বিপণাবহে ॥ ৩ ॥

কৃষ্ণবালমহং মন্যে হয়মেনং শুচিস্মিতে ! । এহি সার্দ্ধং ময়া দীব্য দাসীভাবায় ভাবিনি ! ॥৪॥

সৌতিরুবাচ ।

এবং তে সময়ং কৃত্বা দাসীভাবায় বৈ মিথঃ । জগ্মতুঃ স্বগৃহানেব শ্বো দ্রক্ষ্যাব ইতি স্ম হ ॥৫॥

ততঃ পুত্রসহস্রন্তু কদ্রুর্জিহ্মং চিকীর্ষতী । আজ্ঞাপয়ামাস তদা বালা ভূত্বাঞ্জনপ্রভাঃ ॥৬॥

আবিশধ্বং হয়ং ক্ষিপ্রং দাসী ন স্যামহং যথা । নাবপদ্যন্ত যে বাক্যং তান্ শশাপ ভুজঙ্গমান্ ॥ ৭ ॥

---

সৌতিনা হায়খি— মহর্ষি শৌনক। লাইহিংচাবা পুমনমক তিন্নতুনা সমুদ্র নৈবগী মতাং অসি লীরবনি ! থোইদোক্না নিংথিজরবা, মপাঙ্গন কল্লবা, সমুদ্রদগী পোকখ্রবা ইন্দ্রগী শগোল উচ্চৈঃশ্রবাবু নোংমা কদ্রুনা উকবদা বিনতাদা হায়খি— নিংথিজরবী ! উরিবা উচ্চৈঃশ্রবা অসিগী মচু অসি করিনো ? থুনা হায়য়ু থংনসি ॥১—২॥ বিনতানা খুমখি— উচ্চৈঃশ্রবা হায়বা শগোল অসিগী মচুদি অঙৌবনিদনা নংদি করিনি হায়নিংই ? করি মচুনো ? করিনো অমা থানসি ।৩॥ কদ্রুনা হায়খি— ইবেমা ! ঐবু হায়বু হায়রবদি শগোল অসিগী হৌরিবা মতুশিং অসি মুই হায়না খল্লি। লাও, ইবেমা ! অচুম অচুম্বাগী মফমদা মীনাই ওইনসি । শগোল অসিনা ঙৌরম্মে, ঐ নংঙোন্দা মীনায় ওইগে, মুরম্মে নং ঐগী মীনাই ওইয়ু ।৪॥ মতৌ অদুমনা কদ্রুগা বিনতাগা অনি অসি মীনাই ওইনসি অদুম হায়না য়াশরকহনা হয়েং শোয়দনা য়েংনকসি অদুম হায়নতুনাময়ুম ময়ুমদা হল্লখরে। ৫॥ অদুগী মতুংদা কদ্রুনা মীনমতুনা ভমগে খন্দুনা মচাশিংদা অদুম হায়খি—তাও নংখোয় পুমনমক ! হয়েংগী হমিত্তা কাজলগী মতৌগুম মুরবা, শগোলগী তুময়াম ওইহনা শগোলগী মপা পুমনমক য়েংশিন্দুনা লৈরু, অদুম তৌরবদি বিনতাসি ঐগী মীনাই ওইরগনি, অদুম হায়বদা মচাশিং কনা-

সর্পসত্রে বর্ত্তমানে পাবকো বঃ প্রধক্ষ্যতি। জনমেজয়স্য রাজর্ষেঃ পাণ্ডবেয়স্য ধীমতঃ ॥ ৮॥
শাপমেনন্তু শুশ্রাব স্বয়মেব পিতামহঃ। অতিক্রূরং সমুৎসৃষ্টং কদ্রা দৈবাদতীব হি ॥ ৯॥
সার্দ্ধং দেবগণৈঃ সর্বৈর্বাচং তামন্বমোদত। বহুত্বং প্রেক্ষ্য সর্পাণাং প্রজানাং হিতকাম্যয়া ॥ ১০ ॥
তিগ্মবীর্য্যবিষা হ্যেতে দন্দশূকা মহাবলাঃ। তেষাং তীক্ষ্ণবিষত্বাদ্ধি প্রজানাঞ্চ হিতায় চ।
যুক্তং মাত্রা কৃতং তেষাং পরপীড়োপসর্পিণাম্ ॥ ১১ ॥
অন্যেষামপি সত্ত্বানাং নিত্যং দোষপরাস্তু যে। তেষাং প্রণান্তিকো দণ্ডো দৈবেন বিনিপাত্যতে ॥১২॥
এবং সম্ভাষ্য দেবস্তু পূজ্য কদ্রুঞ্চ তাং তদা। আহূয় কশ্যপং দেবম্ ইদং বচনমব্রবীৎ ॥১৩॥
যদেতে দন্দশূকাশ্চ সর্পা জাতাস্ত্বয়ানঘ। বিষোল্বণা মহাভোগা মাত্রা শপ্তাঃ পরন্তপ ॥১৪॥
তত্র মন্যুস্ত্বয়া তাত! ন কর্ত্তব্যঃ কথঞ্চন। দৃষ্টং পুরাতনং হ্যেতদ্যজ্ঞে সর্পবিনাশনম্ ॥১৫॥
ইত্যুক্ত্বা সৃষ্টিকৃদ্দেবস্তং প্রসাদ্য প্রজাপতিম্। প্রাদাদ্বিষহরীং বিদ্যাং কশ্যপায় মহাত্মনে ॥১৬॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
আস্তীকে সৌপর্ণে ষোড়শোঽধ্যায়ঃ ॥০॥
—:০:—

মতনা য়াদ্রবদা কদ্রুনা মচাশিং লিল পুমনমক্তা শাপ তৌখি॥৬—৭॥ পাণ্ডু বংশদা পোকপা শিংলবা, কল্লবা, জনমেজয়না লিলগী যজ্ঞদা নখোং পুমনমক চাক্তুনা শিবা ওইগে॥৮॥

লিলশিংগী মবাইবক্তা অসুম থোং তমখিবনা মুংশিহৈত্রবা শাপ অসি কদ্রুনা মচাশিংদা তৌখি; ব্রহ্মামকসু মশামক্তা তৌখিবা শাপ অসি তাখি॥৯॥ অদুগী মতুংদা লিলনা মশিং অসুম য়ামখৎলকপগা. মী পুমনমক্কী মঙ্গল ওইনবগী ব্বাখন্দা ব্রহ্মানা দেবতা পুমনমকা লোয়ননা কদ্রুনা তৌখিবা শাপ অদো ফরে অমু মভায়রে হায়না যাখি॥১০॥ লিলশিং অসিগী হুগী ময়ায় অসি য়ামনা কল্লি, মুমিৎ খুদিংগী মখোযগী মথৌ হাযববু মী চীকপদনি, অমুনা অতোপ্পা অমগা চৎলি হাযবা খংদবামখৈ চীকদবগী তুমিন তুমিন্না উব্রাক্লা শিত্তুনা চৎলিবসিনি, মপাঙ্গলসু কনখ্রবা জীবমক্তুনি, মমানা মখোযদা পাপ তৌরিবসি যনবু ফরে॥১১॥ অতোপ্পগী মাংননবা শীল্লিবা অমদি হোৎনরিবা জীবশিং অদুগী মতিকচাবা দণ্ডদি লাইনা মশাদা অদুমক তমখ্রবনি॥১২॥ ব্রহ্মানা মতৌ অসুমনা কদ্রুগী শাপপু সমর্থন তৌখি, অমদি কশ্যপপু কৌরগা ব্বা অসি হায়খি— কশ্যপ! মশিং নাকক্তমদ্রবা লিলশিং অসি নংগী নচা ভাক্তুনিদো, কল্লবা মহা পুরে হায়দুনা মবাই কাখিদুনা মী চীকপদনা মখোয়গী মথৌদাং ওইরী, অদুমক্তুনা অসুম থোকউ হায়দুনা মমানা মখোয়গী মফমদা শাপ তৌখ্রবনি॥১৪॥ অদুনা ইবুংঙো! মাসিগী মরমদা নং থক ব্বাকগনু। মরমদি কোম্মুংদা জনমেজয়না তৌরকদৌবা লিলগী যজ্ঞদা মখোয় পুমনমক তুম্লগনি হায়বসি যোগ সাধনগী পাম্বৈতনা ঐদি হায়া খংলবনি॥১৫॥ অসুম হায়দুনা ব্রহ্মানা কশ্যপবু থেমজিন্দুনা মাঙোন্দা বিষহরি কৌবা বিদ্যা তম্বিখি॥ ১৬॥

মতাং অদিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা
আদিপর্ব্বদা আস্তীকগী সৌপর্ণ কৌবা তরাতরুক শুবা অধ্যায় লোইরে॥
——০:(০):০——

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব—আস্তীকে সৌপর্ণে

( তন্নাম্তরেৎ শুবা অধ্যায়ঃ )

—(*)—

সৌতিরুবাচ।

ততো রজন্যাং ব্যুষ্টায়াং প্রভাতেঽভ্যুদিতে রবৌ। কদ্রুশ্চ বিনতা চৈব ভগিন্যৌ তে তপোধন! ॥১॥

অমর্ষিতে সুসংরব্ধে দাস্যে কৃতপণে তদা। জগ্মতুস্তুরগং দ্রষ্টুমুচ্চৈঃশ্রবসমন্তিকাৎ ॥২॥

দদৃশাতেঽথ তে তত্র সমুদ্রং নিধিমম্ভসাম্। মহান্তমুদকাগাধং ক্ষোভ্যমাণং মহাস্বনম্ ॥৩॥

তিমিঙ্গিলঝষাকীর্ণং মকরৈরাবৃতং তথা। সত্ত্বৈশ্চ বহুসাহস্রৈর্নানারূপৈ সমাবৃতম্ ॥৪॥

ভীষণৈর্বিকৃতৈরন্যৈর্ঘোরৈর্জলচরৈস্তথা। উগ্রৈর্নিত্যমনাধৃষ্যং কূর্ম্মগ্রাহসমাকুলম্ ॥৫॥

আকরং সর্বরত্নানামালয়ং বরুণস্য চ। নাগানামালয়ং রম্যমুত্তমং সরিতাং পতিম্ ॥৬॥

পাতালজ্বলনাবাসমসুরাণাঞ্চ বান্ধবম্। ভয়ঙ্করঞ্চ সত্ত্বানাং পয়সাং নিধিমর্ণবম্ ॥৭॥

শুভং দিব্যমমর্ত্ত্যানামমৃতস্যাকরং পরম্। অপ্রমেয়মচিন্ত্যং চ সুপুণ্যজলমদ্ভুতম্ ॥৮॥

ঘোরং জলচরারাব-রৌদ্রং ভৈরবনিস্বনম্। গম্ভীরাবর্ত্তকলিলং সর্ব্বভূতভয়ঙ্করম্ ॥৯॥

---

সৌতিনা হায়খি— মহর্ষি শৌনক! অদুগী মতুংদা অহিং লেল্লবদা, নোংঙাল্লকতুনা সুমিৎ থোক্লবদা কদ্রু বিনতা কৌবী মচিনমনাও অনি অসি অমনা অমগী মীনাই ওইনসি হান্না স্বা শক্লদুনা, অমনা অমবু ঙমগনি হায়বগী আশাওবা অমদি পুক্লিং থোগৎনবগা লোইননা উচ্চৈঃ শ্রবাগী মচু য়েংনবা চৎখরে ॥ ১-২ ॥ মখোযনা থর চংশিল্লগা করি উবগে হায়বদু— পাকচাওরবা লুব্বা সমুদ্র অমা লৈ, সুংশিংনা য়ৈবদা ঙংদুন ঙংহনা জগোই শারি, সমুদ্রগী ইয়াই অমুবা তিমিঙ্গিল কৌবা ঙা, মকর,— কুম্ভীরনচিংবা মশিং লাকপমত্রবা জল জন্তু কয়ানা কোইচৎ জন্তুনা শান্নরী, অকিবগী মশক ফংলবা, মওং তোংঙাল তোঙাল্লবা অমদি অকিবা ফংলবা, ঙা জাৎ কয়ানা থল্লা লৈবাদুদা কনাম্ব সমুদ্র, তোর্ব্বাণ তান্ন চংশিন্দুনা ঈশিং অদু শোকউরবগী থবক লৈত্তে। সমুদ্র, অসি মনি রত্ন কয়াগী তুংনফমনি, বরুণদেবতাগী লৈফমনি, লিল পুমনমককী আশ্রয় লৌফমনি, তুরেল মখল মখলগী পুক্লিং হুননবগী মশক ওইরবা ঈজেলবা তপ্নবা অমত্ত ওইবা তিন্নকম মপুরোইবনি, বাড়বানল কৌবা মৈগী লৈফমনি অসুর কয়াগী লোৎনফম মফমনি, মফমগী মশক ওই-রবা শীরমলেন্দা ফংদ্রবা দেবতাশিংগী অমৃতগী লোকনফমনি, চাংজোনাইদ্রবা, থন্নফম থোক্লবা

বেলাদোলানিলচলং ক্ষোভোদ্বেগসমুচ্ছ্রিতম্। বীচীহস্তৈঃ প্রচলিতৈর্নৃত্যন্তমিব সর্বতঃ ॥১০॥
চন্দ্রবৃদ্ধিক্ষয়বশাদুদ্বৃত্তোর্ম্মিসমাকুলম্। পাঞ্চজন্যস্য জননং রত্নাকরমনুত্তমম্ ॥১১॥
গাং বিন্দতা ভগবতা গোবিন্দেনামিতৌজসা। বরাহরূপিণা চান্তর্বিক্ষোভিতজলাবিলম্ ॥১২॥
ব্রহ্মর্ষিণা ব্রতবতা বর্ষাণাং শতমত্রিণা। অনাসাদিতগাধঞ্চ পাতালতলমব্যয়ম্ ॥১৩॥
অধ্যাত্মযোগনিদ্রাঞ্চ পদ্মনাভস্য সেবতঃ। যুগাদিকালশয়নং বিষ্ণোরমিততেজসঃ ॥১৪॥
বজ্রপাতনসন্ত্রস্ত-মৈনাকস্যাভয়প্রদম্। ডিম্বাহবার্দ্দিতানাঞ্চ অসুরাণাং পরায়ণম্ ॥১৫॥
বড়বামুখদীপ্তাগ্নেস্তোয়হব্যপ্রদং শিবম্। অগাধপারং বিস্তীর্ণমপ্রমেয়ং সরিৎপতিম্ ॥১৬॥
মহানদীভির্বহ্বীভিঃ স্পর্দ্ধয়েব সহস্রশঃ। অভিসার্য্যমাণমনিশং দদৃশাতে মহার্ণবম্।
আপূর্য্যমাণমত্যর্থং নৃত্যমানমিবোর্ম্মিভিঃ ॥১৭॥
গম্ভীরং তিমিমকরোগ্রসঙ্কুলং তং গর্জন্তং জলচররাবরৌদ্রনাদৈঃ।
বিস্তীর্ণং দদৃশতুরম্বরপ্রকাশং তেঽগাধং নিধিমুরুমম্ভসামনন্তম্ ॥১৮॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
আস্তীকে সৌপর্ণে সপ্তদশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

—০*॰*০—

শেংলবা ওকলবা জল জন্তু কয়াগী অকিবগী মশক ফংলবা খোঙ্গেলনা অমদি মশামককী ঈরাও-খোনগী খোঙ্গেল মকনসু লৈন লৈন লাকলিবা ইপোমগী মপুংদা চংখিব্রা, অউবা মীগী থমোইদা মিপাযবা পোকনহল্লবা, চাংজো মরিগী মশক ওইরবা দোলাইথকতা মুংশিংনা হায়না হুমনা লেমনা লৈরিবা, মুংশিংনা অমূক অমূক ফুরকপদা ইথকনা অমূক অমূক মকোক হায়গংলক্লিবা, মুমিৎ চুপ্পা ইলেংদ লেংদনা লৈবা ইথক্কী মশক ওইরবা খুৎনা মায়কৈ মরিদা ওয়া লৈনা জগোই শারীবা, চন্দ্রমানা হেনগৎলকপা হন্থরকপা মতুংইন্না মহাকসু অকা অকুম শান্নরিবা, পাঞ্চজন্য কৌবা মোইবুংগী পোক্লফম রতন পুন্নমক্কী তুংফম চাংজো নাইদ্রবা ইপাকনি। মতিক মগুণ চাউরবা ভগবান্ নারায়ণনা পৃথিথক্তা কুমথরক্কনা চাৎরবা ওক্কী মশক লৌদুনা সমুদ্রবু নৈখিবনি, ব্রত কন্নবা ব্রহ্মর্ষি অত্রিনা লাইগী চহিদা চহি চহুম চুপ্পা ঈরুপ্পুনা য়েংববু লৈথা ফংবা ঙমখিদ্রবা সমুদ্রনি। ভগবান্ শ্রীনারায়ণনা যোগ নিদ্রাদ লৈদুনা প্রলযগী মতমদা হায়রিবা সমুদ্র অসিগী ইয়াইথক্তা চেপ্পুনা লৈখিবনি, বজ্রনা থানি হায়বা কিবদগী কিদুনা চেল্লক্লবা মৈনাক কৌবা চীংজাওবু আশ্রম পিখিব্রা সমুদ্রনি। অমুকসু সমুদ্র অসিমক্তা লাইক্তিংচাবা মযামগী লানজাউদা মায়থিবা ফংলবা দৈত্য-দানব কযাদা চংজফম পিবিখিবনি, সমুদ্র অসিনা বাড়বানল কৌবা মৈগী মচিন্দা হৌজিক ফাওবা ঈশিংগী মশক ওইরবা হবি ইন্দুনা পিজরিবনি, অসিগুম্বা সমুদ্রগী চাংজো খাংমা লানবা ওইথোক্তবনি। চাউর চাউরবা তুরেন কয়ানা অহিং মুংথিল নাইদনা চেন্থরক্কুনা মাগী ঈশিং খাত্তনা হুনবনা ইথন্তা থন্দুনা লৈরিবনি, অদুগা সমুদ্র অসি তিমি, মকরনচিংবা অকিবা ফংলবা জল জন্তু কয়ানা থন্না লৈবনা মখোয়গী খোঙ্গেন্তনা ইথক হৌত্রকাওবদা ইডংদা ডংদুনা লৈরিবনি। চাংজো নাইদ্রবা অতিয়াগী মকোয় মমি তাবনা মুমিৎচুপ্পা ইশংদ শংদনা ঙমখৈ শৈতনা পাক চাউদুনা লৈরিবনি ॥৩—১৮॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিংচামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদি পর্ব্বদা আস্তীকগী মতাংদা সৌপর্ণ কৌবা তরাতরেংশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

—:(০):—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদিপর্ব — আস্তীকে সৌপর্ণে

( ত্রয়োবিংশতিতমোऽধ্যায়ঃ )

—:*:—

সৌতিরুবাচ ।

নাগাশ্চ সংবিদং কৃত্বা কর্ত্তব্যমিতি তদ্বচঃ । নিঃস্নেহা বৈ দহেন্মাতা অসম্প্রাপ্তমনোরথা ॥১॥

প্রসন্না মোক্ষয়েদস্মাংস্তস্মাচ্ছাপাচ্চ ভামিনী । কৃষ্ণং পুচ্ছং করিষ্যামস্তুরগস্য ন সংশয়ঃ ॥২॥

ইতি নিশ্চিত্য তে তস্য কৃষ্ণা বালা ইব স্থিতাঃ । এতস্মিন্নন্তরে তে তু সপত্ন্যৌ পণিতে তদা ॥৩॥

ততস্তে পণিতং কৃত্বা ভগিন্যৌ দ্বিজসত্তম । জগ্মতুঃ পরয়া প্রীত্যা পরং পারং মহোদধেঃ ॥৪॥

কদ্রূশ্চ বিনতা চৈব দাক্ষায়ণ্যৌ বিহায়সা । আলোকয়ন্ত্যাবক্ষোভ্যং সমুদ্রং নিধিমম্ভসাম্ ॥৫॥

বায়ুনাতীব মহতা ক্ষোভ্যমাণং মহাস্বনম্ । তিমিঙ্গিলসমাকীর্ণং মকরৈরাবৃতং তথা ॥৬॥

সংযুতং বহুসাহস্রৈঃ সত্ত্বৈর্নানাবিধৈরপি । ঘোরৈর্ঘোরমনাধৃষ্যং গম্ভীরমতিভৈরবম্ ॥৭॥

---

সৌতিনা হায়খি— লিলময়াম্না থন্নখি— ইমাগী যাথংদি শোয়দনা ঙাক্কদোবনি। করিনা হায়বদু ঐখোয়গী ইমাসি পোকপদগী মশানা ইশাউদা শাউদুনা লৈরবনি অদুগা ঐখোযবু দ ইপুংদ মুংশিদবনি, হন্দক্কীসিদা মানা নিংববু থুংশিন্দ্রবদি, তৌখিবা শাপ অদুনা ঐখোযসু মৈসুংদা উৎ ওইখি গদৌরিবনি, মানা করিগুম্বা পেনবিরবদি শাপ অদুদগী ঐখোযবু কোবপিবসু য়ানা লৈবি, অদুনা ঐখোয় ময়াম্না উচ্চৈঃশ্রবাগী মমৈ অতুতদি মনুনা উহল্লুসি মাসিমদি ঐখোযনা ওমগনি হায়বদা থোয়না চিংনফম লৈতে ॥১—২॥ লিল ময়াম্না মপুক্লংদ অসুম লেপ্পরগনা উচ্চৈঃশ্রবাগী মমৈ অতুদা মনুরবা মতুঙম পুন্নমক য়েৎশিন্দুনা লৈরুরে। মতম অসিদা কদ্রুগা বিনতাগা অনি, ঙাংনখিবদু চেৎশিন্নবগী-য়মক্তা অমুরক হন্না রাশকনখি ॥৩॥ মহর্ষি শৌনক! অদুগী মতুংদা কমদৌখিবগে হায়বদু দক্ষ প্রজাপতিগী মচানুপী কদ্রু বিনতা কৌবী লোম্নবি মচিন মনাও অনি অসি ঐনা ঐনা মচুম্নগনি হায়বগী আশাদা নোংম্নোনগী লম্বীদা লাক্লুনা মথক্তা হাযখিরবা পাক চাউরবা সমুদ্রগী বাংমদা থুংলরে। ৪—৫॥ করম ওইবা সমুদ্রনো হাযবদা নুংশিৎনা য়ৈবদা তত্তনা লেংইবা, ইথক অমগা অমগা য়ৈন-নদা মখোল থোক্কইবা, তিমিঙ্গিল মকরনা থম্না লৈরিবা, মশিং লাকত্তমদ্রবা জীব লিশিং লিশিংনা য়াওনদুনা লৈরিবা, অকিবা, অক্কপা, অতম্না, ফজবা রস খিবিক্লা থলবা, বরুণগী মশিংরক্ত করাগী

আকরং সর্ব্বরত্নানামালয়ং বরুণস্য চ । নাগানামালয়ঞ্চাপি সুরম্যং সরিতাং পতিম্ ॥৮॥

পাতালজ্বলনাবাসমসুরাণাং তথালয়ম্ । ভয়ঙ্করাণাং সত্ত্বানাং পয়সো নিধিমব্যয়ম্ ॥৯॥

শুভং দিব্যমমর্ত্ত্যানামমৃতস্যাকরং পরম্ । অপ্রমেয়মচিন্ত্যঞ্চ সুপুণ্যজলসম্মিতম্ ॥১০॥

মহানদীভির্বহ্বীভিস্তত্র তত্র সহস্রশঃ । আপূর্য্যমাণমত্যর্থং নৃত্যন্তমিব চোর্ম্মিভিঃ ॥১১॥

ইত্যেবং তরলতরোর্ম্মিসঙ্কুলং তং গম্ভীরং বিকসিতমম্বরপ্রকাশম্ ।

পাতালজ্বলনশিখাবিদীপিতাঙ্গং গর্জ্জন্তং দ্রুতমভিজগ্মতুস্ততস্তে ॥১২॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

আস্তীকে সৌপর্ণে অষ্টাদশোঽধ্যায়ঃ

—০ঃ০—

লনগৈ ওইরিবা, লিল কযাগী য়াকাবুং ওইরিবা, তুরেন লিশিং লিশিংগী অমত ওইবা মপুরোইবা ওইরিবা, পাতালদগী হৌবকপা মৈগী তুংনফম ওইরিবা, হিংচাবা ভূতপ্রেত কয়াগী তুংফম ওইরিবা অমৃতগী থোকনফমদি ওইরগা অকিবগী মশক ওইরবা জীব কয়াগী লৈফম ওইরিবা, লাইশিংনা থকপদা অমব ওইখিবা অমৃতগী পোক্লফম, অসি মাল্লি হাযত্থনা চাংদমনিংঙায় লৈত্রবা ঈশিংগী মাত্রা কয়ানো হাযবত্থ খংনিংঙায ওইদ্রবা মপুরোইবা মহাক্কী চাম্নবা মপুরোইবা নিংলবী তুরেন কযানা ঈশিং য়াত্তনা হোল্লক্লিবা ইথক্লা জগোই শারিবা তথক তথক লাওবা ইথক্লা থম্না লৈত্তুনা তপথনা লৈরবা ইপাকনি আকাশগী মমিনা অশংবা ফিজোল শেৎলিবা, পাতালদগী থিনদোক্লকপা মৈগী মৈম্বিনা লুহুপ ওইনা ঙাল্লিবা ঙাংত্তুনা লৈরিবা তোর্ব্বান্দা কক্রবিনতা অনি চংশিনখরে ॥৬-১২॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা, কৃষ্ণ দ্বৈপায়ণ ব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদিপর্ব্বদা আস্তীকগী মতাংদা সৌপর্ণ কৌবা তরানিপালশুবা অধ্যায় লোইরে॥

—ঃ*ঃ—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব — আস্তীকে সৌপর্ণে

### ( তরামাপল শুবা অধ্যায় )



সৌতিরুবাচ ।

তং সমুদ্রমতিক্রম্য কদ্রূর্বিনতয়া সহ। ন্যপতত্তুরগাভ্যাসে নচিরাদিব শীঘ্রগা ॥১॥

ততস্তে তং হয়শ্রেষ্ঠং দদৃশাতে মহাজবম্। শশাঙ্ককিরণপ্রখ্যং কালবালমুভে তদা ॥২॥

নিশাম্য চ বহূন্ বালান্ পুচ্ছসমাশ্রিতান্। বিষণ্ণরূপাং বিনতাং কদ্রূর্দাস্যে ন্যযোজয়ৎ ॥৩॥

ততঃ সা বিনতা তস্মিন্ পণিতেন পরাজিতা। অভবদ্দুঃখসন্তপ্তা দাসীভাবং সমাশ্রিতা ॥৪॥

এতস্মিন্নন্তরে চাপি গরুড়ঃ কাল আগতে। বিনা মাত্রা মহাতেজা বিদার্য্যাণ্ডমজায়ত ॥৫॥

মহাসত্ত্ববলোপেতঃ সর্ব্বা বিদ্যোতয়ন্ দিশঃ। কামরূপঃ কামগমঃ কামবীর্য্যো বিহঙ্গমঃ ॥৬॥

অগ্নিরাশিরিবোদ্ভাসন্ সমিদ্ধোঽতিভয়ঙ্করঃ। বিদ্যুদ্বিস্পষ্টপিঙ্গাক্ষো যুগান্তাগ্নিসমপ্রভঃ ॥৭॥

---

কদ্রুবিনতা অনি অসি থুনা য়াংনা লাক্তুনা পাকচাউববা সমুদ্রদু লান্দুনা উচ্চৈঃশ্রবাগী নাক্ত য়ৌরক্লে ॥১॥ মখোয় অনিনা শগোল অদুমনা য়েংলকই, মপাঙ্গল কল্লবা শগোল অদুগী মশা অদু মপুং ফারবা থাগী মঙালগুম ঈংনা ঙৌই, মমৈ অদুদি মুনা উরে ॥২॥ উচ্চৈশ্রবাগী মমৈবু মুনা উবত্তুদা বিনতাসি খুংঙাইমনখিদবনা মাইথোং লাংশিনখি, হায়নখিবগী মতুংইন্না বিনতা অসি কদ্রুগী মীনাই ওইখি ॥৩॥ অদুগী মতুংদা বিনতা অসি লোন্নবিগী মফমদা মায়থিবা ফংহনা মমাংদা চাং তাহনা, অশিবগী পাংথক ওইনা মতম লেনখি ॥৪॥ মতম অসিন্নাইদা ঐ চোংথোকপগী মতম ওইরে হায়বগী মঙালগুম মপাঙ্গল চাউরবা গরুড়সি মমানা থুগায়বা নংদনা মথন্তনা মরম অদু থুগায়দুনা চোংথোরক্লে ॥৫॥ মহাক অসি মপা কৈতনা কল্লবা মথৌনা লৈরবা উচেক্লি মানা হেক চোংথোরকপদা মায়কৈ মরি অলি পুমঙাল থাল্লি ওইনিংবা মশক্ত ওইরবা, য়ৌনিংবা মফমদা য়ৌরবা অদুক কনগে হায়বদা কনবা ঙম্বা উচেক্লি, মৈরি কংন চাল্লবা মৈবুলগী মশককুম ঙানখি। মেমাল্লবা মহাকী মমিৎ অনিনা লেংদ্রবা লোংথোং অলিগুম ঙাল্লি, প্রলয়গী মৈগী মতৌগুম মৌরিফংনা চাল্লি, হেক পোকপগা মিকুপ অমগী মনুংদা মুম চট্টখংলক্তুনা অকিবগী মশক ফংলবা পাক চাউরবা হকচাং পুম্না অক্তিয়াদা

প্রবৃদ্ধঃ সহসা পক্ষী মহাকায়ো নভোগতঃ। ঘোরো ঘোরস্বনো রৌদ্রো বহ্নিরৌর্ব্বইবাপরঃ ॥৮॥

তং দৃষ্ট্বা শরণং জগ্মুঃ সর্ব্বে দেবা বিভাবসুম্। প্রণিপত্যাব্রুবংশ্চৈনমাসীনং বিশ্বরূপিণম্ ॥৯॥

অগ্নে! ত্বং প্রবর্দ্ধিষ্ঠা' কচ্চিন্নো ন দিধক্ষসি?। অসৌ হি রাশিঃ সুমহান্ সমিদ্ধস্তব সর্পতি ॥১০॥

অগ্নিরুবাচ।

নৈতদেবং যথা যূয়ং মন্যধ্বমসুরার্দ্দনাঃ!। গরুড়ো বলবানেষ মম তুল্যশ্চ তেজসা ॥১১॥

জাতঃ পরমতেজস্বী বিনতানন্দবর্দ্ধনঃ। তেজোরাশিমিমং দৃষ্ট্বা যুষ্মান্ মোহঃ সমাবিশৎ ॥১২॥

নাগক্ষয়করশ্চৈব কাশ্যপেয়ো মহাবলঃ। দেবানাঞ্চ হিতে যুক্তস্ত্বহিতো দৈত্যরক্ষসাম্ ॥১৩॥

ন ভীঃ কার্য্যা কথঞ্চাত্র পশ্যধ্বং সহিতা ময়া। এবমুক্তাস্তদা গত্বা গরুড়ং বাগ্‌ভিরস্তবন্।

তে দূরাদভ্যুপেত্যৈনং দেবাঃ সর্ষিগণাস্তদা ॥১৪॥

দেবা উচুঃ।

ত্বমৃষিস্ত্বং মহাভাগস্ত্বং দেবঃ পতগেশ্বরঃ। ত্বং প্রভুস্তপনঃ সূর্য্যঃ পরমেষ্ঠী প্রজাপতিঃ ॥১৫॥

ত্বমিন্দ্রস্ত্বং হয়মুখস্ত্বং শর্বস্ত্বং জগৎপতিঃ। ত্বং মুখং পদ্মজো বিপ্রস্ত্বমগ্নিঃ পবনস্তথা ॥১৬॥

ত্বং হি ধাতা বিধাতা চ ত্বং বিষ্ণুঃ সুরসত্তমঃ। ত্বং মহানভিভূঃ শশ্বৎ অমৃতং ত্বং মহদ্যশঃ ॥১৭॥

---

পাইখৎখি, খেক্ক খেক্ক খোংহ্না বড়বানলগী মতৌগুম ঙানখি ॥৬—৮॥ মহাকপু উবদা স্বর্গগী লাই-য়ামনা মিপাইখ্রদুনা অগ্নিদেবতাগী মফমদা চংজহনা অগ্নিদেবগী আবাধনা তৌখি ॥৯॥

হে অগ্নিদেব! নং অমুক পাকথোকপিরক্লগনু ঐখোয পুমনমকপু চাকথেক্তুনা ঙুৎ ওইনদি মাংহনগে হাযনদি থনদেনকো? মরমদি নংগী অস্থুম ওইবা পাক চাউরবা মঙাল মপৈনা অতিয়া কুপথে্র ।১০॥ অগ্নিদেবনা লাইযাম পুমনমক্তা হাযরকই— লাইয়াম পুমনমক! ময়ামনা খনবিরিবদো লাল্লে অতিযাদা ঙাল্লিবদো ঐ নত্তে মদুদি মপাঙ্গল চাউরবা গরুড়নি, তেজদা ঐগা অম্মানি ॥ ১১॥ বিনতা দেবীগী নুংঙায়নবগী মশক ওইববা তেজ কল্লবা গরুড় কোবা মচা অমা পোক্লবনি মহাক্কী তেজ পুঞ্জবু উরগা ঐনি হায়না ভ্রম তৌরি ॥ ১২ ॥ কশ্যপকী মচানিপা মপাঙ্গন চাউরবা গরুড় হায়বা অসিনা লিলগী শাগৈ তুমনা হাৎলখিগদৌবনি, দেবতাশিংগী কান্নবতা তৌদোবিবনি মহাক্কনা দৈত্য-দানব পুমনমক্কী য়েকনবা ওইগদৌরিবনি ॥১৩। দেবতা পুম্নমক। নখোয পুম্নমক্কা গরুড়বু থককিরুম্নু লাও ঐগা লোয়নদুনা চৎসি লাউ যেংউসি। অগ্নিদেবনা অস্থুম হায়রবদা দেবতাশিংগা ঋষি পুমনমক্কা লোয়ননা অরাপ্পদগী গরুড়গী স্তুতি তৌখি ॥১৪॥ দেবতাশিংনা লৈসি লৈথোক্না হায়জখি— হে মহাত্মা নহাক্কি লাইবক ফরবা নপাঙ্গল চাউরবা ঋষিনি, নংদি দেবতানি, উচেক লিংথৌনি, শক্তি পুমনমকনা থিজ্ঞবনি, নৈশাগী দেবতা ওইরিবা সুমিৎসু নহাক্কি অব্বাংবা থাক্তা লৈরিবা দক্ষ প্রজাপতিসু নংনি ॥১৫॥ ইন্দ্রসু নংনি, বিষ্ণুসু নংনি, মহাদেবসু নংনি, হে উচেক লিংথৌ। জগদীশ্বরসু নহাক্কি, উচেক পুম্নমক্কী নায়ক ওইরবা নংনা ব্রহ্মা, ব্রাহ্মণ, অগ্নি, অমদি বায়ু ওইরিবনি ॥১৬॥ ধাতা, বিধাতা, লাইয়ামগী মকোক বিষ্ণু, থম্বাইহরগী চাউরবা থম্বাইদগী হেল্লবা নিত্য-মুক্ত ওইরবা পরংব্রহ্মসু নংনি ॥১৭ ॥

ত্বং প্রভাত্বমভিপ্রেতং ত্বং নস্ত্রাণমনুত্তমম্। ত্বং গতিঃ সততং ত্বত্তঃ কথং নঃ প্রাপ্নুয়াদ্ভয়ম্ ॥১৮॥
বলোর্ম্মিমান্ সাধুরদীনসত্ত্বঃ সমৃদ্ধিমান্ দুর্ব্বিষহস্ত্বমেব। ত্বত্তঃ সৃতং সর্ব্বমহীনকীর্ত্তে! হ্যনাগতং চোপগতং চ সর্ব্বম্ ॥১৯॥

ত্বমুত্তমঃ সর্ব্বমিদং চরাচরং গভস্তিভির্ভানুরিবাবভাসসে।
সমাক্ষিপন্ ভানুমতঃ প্রভাং মুহুস্ত্বমন্তকঃ সর্ব্বমিদং ধ্রুবাধ্রুবম্ ॥২০॥
দিবাকরঃ পরিকুপিতো যথা দহেৎ প্রজাস্তথা দহসি হুতাশনপ্রভ!।
ভয়ঙ্করঃ প্রলয় ইবাগ্নিরুত্থিতো বিনাশয়ন্ যুগপরিবর্ত্তনান্তকৃৎ ॥২১॥
খগেশ্বরং শরণমুপাগতা বয়ং মহৌজসং জ্বলনসমানবর্চসম্।
তড়িৎপ্রভং বিতিমিরমভ্রগোচরং মহাবলং গরুড়মুপেত্য খেচরম্ ॥২২॥
পরাবরাং বরদমজয্যবিক্রমং তবৌজসা সর্ব্বমিদং প্রতাপিতম্।
জগৎপ্রভো! তপ্তসুবর্ণবর্চসা ত্বং পাহি সর্ব্বাংশ্চ সুরান্মহাত্মনঃ ॥২৩॥
ভয়ান্বিতা নভসি বিমানগামিনো বিমানিতা বিপথগতিং প্রয়ান্তি তে।
ঋষেঃ সুতস্ত্বমসি দয়াবতঃ প্রভো মহাত্মনঃ খগবর! কশ্যপস্য হ ॥২৪॥

---

মতাল হায়বসু নহাক্কি, মুংভাইবা হায়বদুসু নংনি, নংতনা ঐখোবগী ভাকপা মপুনি, নংদনা মতম লৈবখিবিক্কা ঐখোয়গী সহায়-উপায় ওইগদৌরিবনি, অদুনদি ঐখোয়না নংবু কিগদৌরিবসি করি মরমদগীনো? হে মঙ্গলগী মশক ওইরবা! নংদি পাঙ্গলগী সমুদ্রনি, লমচৎ পুকচেল ফজববনি, থোইনা নোম্বা কল্লবনি চাওখৎলবা খাংহৈরবা মশাক্কি, নংভোন্দগী ভূৎ-ভবিষ্যৎ-বর্ত্তমান ওইবা পোৎ পুম্নমক পোক্লিবনি ॥১৮-১৯॥ নংতনা থবাইদগী অথোইবনি অচৎ চত্ত জগৎ পুম্নমক নংগী নশাক্কি, নথন্তগী নশেকনা জগৎ পুমনমক ঙাল্লি, নংগী তেজনা সুমিৎকি, তেজবু নমহৎলি অশিবা কৌবা লাইসু নংনি অদুগা নংতনা নিত্য-অনিত্য মওং অনি পুরিবনি ॥ ২০ ॥ হে মৈগা মান্নরবা! সুমিৎনা শাউরকপদা লোক পুমনমক চাকথেকপা অদুগী মতৌগুম্বা নংনা ঐখোয়বু মৈশা লাংহল্লি। যুগ খুদিংগী অমগা অমগা ওনবা, লোইখিবা নংতনা শিল্লিবনি অদুমক্তনা নংনা প্রলয়গী মৈগী মতৌগুম চাক্লকতুনা জগৎপুম্ববু মাংহনগে হায়বগী মতাগুম পায়খোরল্লিবনি ॥২১॥ হে জগৎ পুম্নমক্কী নিংথৌ ওইরবা! প্রভাব, শক্তি কল্লবা তেজনা মৈ অমদি নোংথাংগা মান্নরবা তমোগুণগী শকক অমতসু য়াউদ্রবা নংনি, অতিযাদা নোংগা পায়মিন্নরিবা, থবাইদগী পিকপা ভান্নবা নংদি বরদান তৌবা ভান্নবা অমদি নংগী পাঙ্গনবু কনানসু নমথেকপা ঙমদ্রবা নংনি মরম পুমনমক অসি লৈবনা ঐখোয় পুমনমক্কা নংগী নকমদা চংজরক্কি। সনাগী মতৌগুম ফজরবা লংলবা নংগী তেজনা জগৎপুম্বা চাক্কনা ঙালহল্লি অদুনা দেবতা ঐখোয় পুমনমকপু ভাকপিয়ু ॥ ২২—২৩ ॥ হে উচেক নিংথৌ! লাইয়ামখিবিক্কা নংগী তেজদা মায়থিবা কংদুনা কিবনা নংভোন্দগী হন্দোকরকপ্রবনি। নংঅসি প্রভাব লৈরবা থৌজাল হৈরবা মহাত্মা ওইরবা কশ্যপ মুনিগী মচা ওইনা পোক্লিবনি ॥ ২৪ ॥

স মা ক্রুধঃ কুরু জগতো দয়াং পরাং ত্বমীশ্বরঃ প্রশমমুপৈহি পাহি নঃ ।
মহাশনিস্ফুরিতসমস্বনেন তে দিশোঽম্বরং ত্রিদিবমিয়ঞ্চ মেদিনী ।
চলন্তি নঃ খগ ! হৃদয়ানি চানিশং নিগৃহ্যতাং বপুরিদমগ্নিসন্নিভম্ ॥২৫॥
তব দ্যুতিং কুপিতকৃতান্তসন্নিভাং নিশাম্য নশ্চলতি মনোঽব্যবস্থিতম্ ।
প্রসীদ নঃ পতগপতে ! প্রযাচতাং শিবশ্চ নো ভব ভগবন্ ! সুখাবহঃ ॥২৬॥
সৌতিরুবাচ ।
এবং স্তুতঃ সুপর্ণস্তু দেবৈঃ সর্ষিগণৈস্তদা । তেজসঃ প্রতিসংহারমাত্মনঃ স চকার হ ॥২৭॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
আস্তীকে সৌপর্ণে ঊনবিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

——:(*):——

ঐখোযবু শাউবীগমু জগৎপু মুংশিবিযু, শান্ত ওইহনা ঈশ্বরগী মশক ওইদুনা ঐখোয়বু কনবিযু বজ্রগী মতৌগুম নংগী অকিবগী মশক ওইরবা খোল্লাওনা মায়কৈ তরা, আকাশ, স্বর্গলোক, পৃথিবী অমদি ঐখোয পুম্নমক্কী থমোইবু থক থক নীকহল্লি। অদুগা হে উচেক নিংথৌ ! অগ্নিগী মশক ওইরবা নংগী মূর্ত্তি অসি হঞ্জিনবিরো ॥ ২৫ ॥ হে উচেক নিংথৌ ! শাউরবা যমগী মশক ওইরবা নংগী তেজ উবদা ঐখোয় পুমনমক ইথক থক্রে থরাই হকচাং ওনিক তনিকলে, অদুনা ঐখোয় পুমনমকপু চানবিহনা ঐখোয় না হায়রিবা অসি য়াবিযু। হে গুণ চেল্লবা ! ঐখোয় পুমনমক্কী মঙ্গল অমদি মুংঙাইববু নংনা পাংথোকপিযু ॥২৬॥ সৌতিনা হায়খি— লাইযামখিবিক অমদি ঋষি পুমনমকনা অস্নমনা হায়জরবদা পুকচেল চাউরবা গরুড়না মাগী তেজ খিবিকপু খোমজিনখরে ॥ ২৭ ॥
মতাং অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদিপর্ব্বদা
আস্তীকগী মতাংদা সৌপর্ণ কৌবা তরামাপল শুবা অধ্যায় লোইরে।.

——:*:——

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব—আস্তীকে সৌপর্ণে

(কুনশুবা অধ্যায়)

——*)——

সৌতিরুবাচ।

স শ্রুত্বাথাত্মানো দেহং সুপর্ণ প্রেক্ষ্য চ স্বয়ম। শরীরংপ্রতিসংহারমাত্মনঃ সম্প্রচক্রমে ॥১॥

সুপর্ণ উবাচ।

ন মে সর্ব্বানি ভূতানি বিভিয়ুর্দ্দর্শনাৎ। ভীমরূপাৎ সমুদ্বিগ্নাস্তস্মাত্তেজস্তু সংহর ॥২॥

সৌতিরুবাচ।

ততঃ কামগমঃ পক্ষী কামবীর্য্যো বিহঙ্গমঃ। অরুণাশ্চাত্মনঃ পৃষ্ঠমারোপ্য স পিতুর্গৃহাৎ ॥৩॥

মাতুরন্তিকমাগচ্ছৎ পরং তীরং মহোদধেঃ। তত্রারুণশ্চ নিক্ষিপ্তো দিশং পূর্ব্বাং মহাদ্যুতিঃ ॥৪॥

সূর্য্যস্তেজোভিরত্যুগ্রৈর্লোকান্ দগ্ধুমনা যদা।

রুরুরুবাচ।

কিমর্থং ভগবান্ সূর্য্যো লোকান্ দগ্ধুমনাস্তদা ॥৫॥

কিমস্যাপকৃতং দেবৈর্যেনেমং মন্যুরাবিশৎ।

প্রমতিরুবাচ।

চন্দ্রার্কাভ্যাং যদা রাহুরাখ্যাতো হ্যমৃতং পিবন্ ॥৬॥

---

সৌতিনা হায়খি— অহুগী মতুংদা গরুড়না লাইযাম শিংবিক্কী মচিন্দগী মশামক্কী অকিবগী মশক ফংলবা মুর্ত্তিগী বর্ণন তাবদা, মশামকনস্ম উজববদা মশামককী হকচাংবু অসুম পিকশিনহনখি।১॥ গরুড়না হায়খি-- হে দেবতা পুমনমক! জীব পানবা পুমনমকনা ঐগী হকচাংবু উরগা কিদনবা অমদি মিপায়দনবা ইশা ইথন্তগী তেজমপৈ অসি ঐনা লৌশিঞ্জরবনি।২॥ সৌতিনা হায়খি— যৌনিংবদা চৎলবা অমুক কনগে হায়বদা কনবা ওয়রবা পাক চাউবরা মশা পাল্লবা আকাশদা পাযরিবা গরুড়না ময়াম্বা অরুনবু মনঙ্গন্দা থোংজত্তুনা মপাগী য়ুমদগী সমুদ্র ব্রাংমদা লৈরবী মমাগী নাক্তা থুংলখি, মতুংদা তেজ কল্লবা সূর্য্য দেবনা লোক পুমনমক চাকথেককে হায়না "একপা মতমদা গরুড়না অরুণবু নোংপোক থংবা মায়কৈদা থাখি। ব্রারি তারিবা রুরুনা মপা প্রমতিদা হংখি ভগবান সূর্য্য দেবনা জগৎ পুমনমকপু চাকথেককে নিংলি মন্থু করিগীনো ॥৩—৫॥ দেবতাশিংনা সূর্য্যগী মফমদা করি অরানবা তৌখিল্লনা

বৈরানুবন্ধং কৃতবাংশ্চন্দ্রাদিত্যৌ তদানঘ! । বাধ্যমানং গ্রহণাথ হ্যাদিত্যং মন্মরাধিপং ॥৭॥
সুরার্থায় সমুৎপন্না রোষো রাহোস্তু মাং প্রতি বহ্বনর্থকরং পাপমেকোঽহং সমবাপ্নুয়াম্ ॥৮॥
সহায় এব কার্য্যেষু ন চ কৃচ্ছ্রেষু দৃশ্যতে । পশ্যন্তি গ্রস্যমানং সহন্তে বৈ দিবৌকসঃ ॥৯॥
তস্মাল্লোকবিনাশার্থং হ্যবতিষ্ঠে ন সংশয়ঃ । এবং কৃতমতিঃ সূর্য্যো হ্যস্তমভ্যগমদ্গিরিম্ ॥ ১০ ॥
তস্মাল্লোকবিনাশায় সন্তাপয়ত ভাস্করঃ । ততো দেবানুপাগম্য প্রোচুরেবং মহর্ষয়ঃ ॥ ১১ ॥
অদ্যার্দ্ধরাত্রসময়ে সর্ব্বলোকভয়াবহঃ । উৎপৎস্যতে মহান্ দাহস্ত্রৈলোক্যস্য বিনাশনঃ ॥১২॥
ততো দেবাঃ সর্ষিগণা উপগম্য পিতামহম্ । অব্রুবন্ কিমিবেহাদ্য মহদ্দাহকৃতং ভয়ম্ ॥ ১৩ ॥
ন তাবদ্দৃশ্যতে সূর্য্যঃ ক্ষয়োঽয়ং প্রতিভাতি চ । উদিতে ভগবন্! ভানৌ কথমেতদ্ভবিষ্যতি ॥১৪ ॥

পিতামহ উবাচ ।

এষ লোকবিনাশায় রবিরুদ্যন্তমুদ্যতঃ । দৃশ্যন্নেব হি লোকান্ স ভস্মরাশীকরিষ্যতি ॥ ১৫॥
তস্য প্রতিবিধানঞ্চ বিহিতং পূর্ব্বমেব হি । কশ্যপস্য সুতো ধীমানরুণেত্যভিবিশ্রুতঃ ॥১৬॥
মহাকায়ো মহাতেজাঃ স স্থাস্যতি পুরো রবেঃ । করিষ্যতি চ সারথ্যং তেজশ্চাস্য হরিষ্যতি ॥১৭॥

---

সূর্য্যনা মথে যবু করিগী চাকথেককে খনখরিবনো ? প্রমতিনা হায়খি—(রাহুনা অমৃত থকখিবা মতম অসিদা চন্দ্র সূর্য্য অনীমকনা পাউ অসি নারায়ণগী মকমদা চত্নুনা তমলুয়ে, অদুনা চন্দ্র সূর্য্য অনিমক্তা মতমলৈবগিবিক্তা রাহুগী য়েক্লবা ওইখি, অদুনা মবক মরক্তা বাহুনা চন্দ্র সূর্য্য অনিবু যোৎকে হায়না তাৗৈ মরম অদুমক্তুনা দেবতাশিংগী মযমদা সূর্য্যনা শাউখিবনি ॥৬—৭॥ মরমদি সূর্য্যনা মপুক্লংদা করি হায়না খনবগে হায়ববু ঐদি দেবতাশিংগী কান্নবগীদমক্তা রাহুনা অমৃত থকপ্রে হায়দুনা তাকউর্বনি অদুনা রাহুনা ঐভোন্দা শাউরিবনি, অদুগা অবাবা ফংলবা মতমদা ইথন্তুনা ফংরি। ৮॥ কান্নরমদাইদনা দেবতাশিংনা ঐগী সহায় তৌই, বারবা মতমদা কনানসু ঐবু হংবিদে। রাহুনা ঐবু উম্বা মতমদা মুংভাইনা যেংদুনা লৈ, মপুক্লিংদা মুংভাইতবা করিমতা পোক্তে, কোক্লবা উপায়সু তাকপিদে ॥৯॥ মরম অদুনা দেবলোক পুম্নমক চাকথেক্লমলগে অসুম হায়না মপুক্লিংদা খন্ন খন্না অস্তাচল তাল্লা চৎখে ॥১০॥ অদুগী মতুংদা জগৎ পুম্নমক চাকথেকপা হৌখি। অদুগী মতুংদা মহর্ষিশিংনা দেবতাশিংগী মকমদা অসুম হায়খি ॥১১॥ ঙসি অহিং নোংয়াইদা লোক পুম্নমকী অকিবগী মশক ফংলবা, মরোন অদুম মাংনবগী মশক ওইরবা, থোইদোক্লা চাক্লবা মৈশা অমা থুংলগদোরে। ১২॥ অদুগী মতুংদা দেবতা পুম্নমক ঋষি পুম্নমক্তা ব্রহ্মাগী মকমদা চত্নুনা হায়রুই ঙসি করিগীদমক্তা অকনবা মৈশা লাক্কনি হায়বগী অকিবা পোক্লিবনো ? ॥১৩॥ মরম অদুনা হে পিতামহ! সূর্য্যগী মশক উদ্রিদ্রে অনিদগী হৌনা মাগী মৈশানা প্রলয়গী মতৌগুম হকচাংদা য়ৈবা হৌরকই, সূর্য্যমিৎ অদুনা থোক্লব্দা করি অমুক ওইরগদগে হায়বদু খংদ্রি ॥১৪॥ ব্রহ্মানা হায়খি— জগৎপু মাংহনগে হায়বগীদমক্তা সূর্য্যমিৎ অসি থোরক্লদোরে মাগী অথাবা মিৎয়েংনা মরোন অদুম অসি উৎ ওইররগনি। ১৫॥ মাসি কোক্নবগী উপায় ঐন, হাল্লা তৌদুনা লৈরবনি। মশামউ চাওরবা মপাক্কল কল্লবা

লোকানাং স্বস্তি চৈবং স্যাদৃষীণাঞ্চ দিবৌকসাম্।

প্রমতিরুবাচ।

ততঃ পিতামহাজ্ঞাতঃ সর্বং চক্রে তদাহরুণঃ ॥১৮॥

উদিতশ্চৈব সবিতা হ্যরুণেন সমাবৃতঃ। এতত্তে সর্বমাখ্যাতং যৎ সূর্য্যং মন্যুরাবিশৎ ॥১৯॥

অরুণশ্চ যথৈবাস্য সারথ্যমকরোৎ প্রভুঃ। ভূয় এবাপরং প্রশ্নং শৃণু পূর্ব্বমুদাহৃতম্ ॥ ২০ ॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

আস্তীকে সৌপর্ণে বিংশোঽধ্যায়ঃ ॥ ০ ॥

—*:○:*—

অরুন কোবা কশ্যপকী হৈ শিংলবা মচা অমা লৈ, অরু অসিনা সূর্য্যগী মমাংদা লৈগনি মাহাক্কী সারথিগী থবক তৌগনি সুমিৎকী মমাংদা লৈবনা মাগী তেজবু অসুম মাংথরক্কনি ॥১৬—১৭। অসুম হায়না অম্বাবসি কোকনবা উপায় তৌরবতদা মী পুম্নমক্কী, ঋষি পুম্নমক্কী, দেবতা পুম্নমক্কী মঙ্গল ওইগনি। প্রমতিন' হায়খি— অদুগী মতুংদা ব্রহ্মাগী য়াথং মতুংইন্না অরুণনা থবক পুম্নমক তৌখ্রে ॥১৮॥ সুমিৎনা থোরকপদা অরুণনা সুমিৎকী মশেকপু কুপ্পুনা থম্মখি, অস্থুনা কক। মবম অসি লৈবনা সুমিৎনা দেবতাগী মকমদা শাওখিরবনি ॥১৯॥ শক্তি লৈরবা অরুণনা করিগীদমক্তা সুমিৎকী সারথি ওইখিরবা অসিনচিংবা নংনা এরোন্দা হংখিবা অদো ঐনা লীদুনা থুমলিবা অসনি, অদুগা থর হাংহৌরিবাশিং অদুগী পাউথুমসু হায়থরক্কে তাও ॥২০॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা শেংবা সংহিতাদা আদিপর্ব্বদা আস্তীকগী মতাংদা সৌপর্ণ কৌবা কুনশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

—:০:—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব—আস্তীকে সৌপর্ণে

(কুনমাথোই শুবা অধ্যায়)

—:(*):—

সৌতিরুবাচ।

ততঃ কামগমঃ পক্ষী মহাবীর্য্যো মহাবলঃ। মাতুরন্তিকমাগচ্ছৎ পরং পারং মহোদধেঃ ॥১॥

যত্র সা বিনতা তস্মিন্ পণিতেন পরাজিতা। অতীব দুঃখসন্তপ্তা দাসীভাবমুপাগতা ॥২॥

ততঃ কদাচিদ্বিনতাং প্রণতাং পুত্রসন্নিধৌ। কালে চাহূয় বচনং কদ্রুরিদমভাষত ॥৩॥

নাগানামালয়ং ভদ্রে! সুরম্যং চারুদর্শনম্। সমুদ্রকুক্ষাবেকান্তে তত্র মাং বিনতে! নয় ॥৪॥

ততঃ সুপর্ণমাতা তামবহৎ সর্পমাতরম্। পন্নগান্ গরুড়শ্চাপি মাতুর্ব্বচনচোদিতঃ ॥৫॥

স সূর্য্যমভিতো যাতি বৈনতেয়ো বিহঙ্গমঃ। সূর্য্যরশ্মিপ্রতপ্তাশ্চ মূর্চ্ছিতাঃ পন্নগাঽভবন্।

তদবস্থান্ সুতান্ দৃষ্ট্বা কদ্রুঃ শক্রমথাস্তবৎ ॥৬॥

নমস্তে সর্ব্বদেবেশ! নমস্তে বলসূদন!। নমুচিঘ্ন! নমস্তেঽস্তু সহস্রাক্ষ! শচীপতে! ॥৭॥

---

সৌতিনা হায়খি—অদুগী মতুংদা যৌনিংবদা য়ৌরবা মতিক মগুণ লৈরবা মপাঙ্গল চাউরবা গরুড়না সমুদ্র ৱাংমদা লৈরবা মমা বিনতাগী মফমদা থুংলরে ॥১॥ মফম অদুদা বিনতাদেবী অসি কদ্রুগী মফমদা মাযথিবা ফংদুনা মীনাইসুবীগী মশক ওইনা মতম লেন্দুনা লৈরমই ॥২॥ অদুগী মতুংদা নোংমা কদ্রুনা বিনতাদা কৌরমই, বিনতানা লাক্লুনা মচাগী মনাক্তা নোনলুকনা লেপ্তুনা লৈ মতম অদুদা কদ্রুনা মাঙোন্দা হায়খি ॥৩॥ ইবেমা! বিনতা! সমুদ্র অসিগী নাকন অমদা ফজখ্রবা মমিং চংলবা দ্বীপ অমা লৈবনি মফম অদু লিল পুমনমক্কী লৈফমনি মফম অদু তান্না নংনা ঐবু পোৱগা পুম্না চংলু ॥৪॥ অদুগী মতুংদা বিনতানা কদ্রুবু মনংগন্দা পোম্লনা চংলি, গরুড়সু মমাগী য়াথং মতুংইন্না কদ্রুগী মচা লিলশিংবু মনংগন্দা পুম্না চংশঙ্ক য়াওই ॥৫॥ বিনতাগী মচা উচেক লিংথৌ গরুড়না সুমিংকী মায়কৈরোমদা ওনশিন্দুনা পাইরমই। সুমিংকী মায়কৈরোমদা ওন্দুনা কন্না পাইবদুনা সুমিংকী মঙালনা য়ৈবদুদা গরুড়গী মনংগন্দা তোংলিবা লিলশিং অসি মূর্চ্ছা কখ্রে। মচাশিংগী মতৌ উবদা কদ্রুনা ইন্দ্রগী স্তুতি তৌখি ॥৬॥ হে দেবরাজ! হে বলাসুর কৌবা হিংচাববু মাংহনখিবা! নংবু হন্না হন্না থুরুমজরি. নমুচী কৌববু মাংহনখিবা! মিংলিশিং অমা পানবা! হে

সর্পাণাং সূর্য্যতপ্তানাং বারিণা ত্বং প্লবো ভব। ত্বমেব পরমং ত্রাণমস্মাকমমরোত্তম! ॥৮॥
ঈশো হ্যসি পয়ঃ স্রষ্টুং ত্বমনল্পং পুরন্দর!। ত্বমেব বায়ুস্ত্বং মেঘস্ত্বমগ্নির্বিদ্যুতোঽম্বরে ॥৯॥
ত্বমভ্রগণবিক্ষেপ্তা ত্বামেবাহুর্মহাঘনম্। ত্বং বজ্রমতুলং ঘোরং ঘোষবাংস্ত্বং বলাহকঃ ॥১০॥
স্রষ্টা ত্বমেব লোকানাং সংহর্ত্তা চাপরাজিতঃ। ত্বং জ্যোতিঃ সর্ব্বভূতানাং ত্বমাদিত্যো বিভাবসুঃ ॥১১॥
ত্বং মহদ্ভূতমাশ্চর্য্যং ত্বং রাজা ত্বং সুরোত্তমঃ। ত্বং বিষ্ণুস্ত্বং সহস্রাক্ষস্ত্বং দেবস্ত্বং পরায়ণম্ ॥১২॥
ত্বং সর্ব্বমমৃতং দেব! ত্বং সোমঃ পরমার্চ্চিতঃ। ত্বং মুহূর্ত্তস্তিথিশ্চ ত্বং লবস্ত্বং পুনঃ ক্ষণঃ ॥১৩॥
শুক্লস্ত্বং বহুলশ্চৈব কলা কাষ্ঠা ত্রুটিস্তথা। সংবৎসরর্ত্তবো মাসা রজন্যশ্চ দিনানি চ ॥১৪॥

ত্বমুত্তমা সগিরিবনা বসুন্ধরা সভাস্করং বিতিমিরমম্বরং তথা।
মহোদধিঃ সতিমি-তিমিঙ্গিলস্তথা মহোর্ম্মিমান্ বহুমকরো ঝষাকুলঃ ॥১৫॥
মহাযশাস্ত্বমিতি সদাভিপূজ্যসে মনীষিভির্মুদিতমনোমহর্ষিভিঃ।
অভিষ্টুতঃ পিবসি চ সোমমধ্বরে বষট্কৃতান্যপি চ হবীংষি ভূতয়ে ॥১৬॥

---

শচীপতি। নংবু হন্না হন্না থুক্কংজরি ॥৭॥ হে দেবতা পুমনমক্কী অথোইবা! নংনা ঈশিংগী মশক ওইরবা অমৃত খিকথরক্তুনা ইচাশিং লিল পুমনমকপু অমুক্তা কনবিযু, নংতনা এখোয় পুমনমকপু কনবিগদৌরিবনি ॥৮॥ হে দেবরাজ! নোংগী মপৈ খিকথরকপদি নংতনা শুম্বনি, নুংশিং হাযবসু নহাক্নি, নোং হায়বসু নহাক্নি মৈগী মশক ওইরবা নোংথাং হাযবসু নহাক্নি ॥৯॥ নংনা নোংগী মপৈবু মায়কৈ মরিমক্তা থৌরি মহর্ষিশিংনা নহাকপু মহামেঘ অসুম হায়না কৌবিবনি, অকিবগী মশক ফংলবা বজ্রসু নংনি, খাকলিবা খোংলিবা নোংসু নংনি ॥১০॥ জগৎপু সেমবিরিবা মপুসু নংনি, ওাক্লিবসু নংনি, থুগাযরিবসু নংনি, নংদি কনাগী মফমদসু মায়থিবা ফংদ্রিবনি, থব্রাইপানবা পুমনমককী জীবাত্মা হায়বসু নংনি, সুমিৎসু মৈসু নংতনা ওইবনি ॥১১॥ নং অসি কনাগুম্বা পাকচাউরবা থব্রাইপানবা পোৎশক অমনি, সিংথৌনি দেবতা পুমনমক্কী অথোইবনি পোৎ পুমনমক্তা চংদুনা লৈবনা বিষ্ণুসু নংনি, মিৎ লিশিং অমা পানবা নহাকনি নংতনা পুমনমক্কী চংজমনি ॥১২॥ হে দেব! নংদি মফম মতম পুমনমক্তা অরানবা থুরম ফংলিবনি, মুনি ঋষি পুমনমকনা লুনা তৌনরিবা সোম রস হায়বসু নংনি, মিৎকুপ মাহুম, তিথি, অক্লম, অয়াং নংতনা ওইরিবনি, মিকুপ অমা অদুগুম্বা মিকুপ কুন্থ্রানা শাবা ক্ষণ হায়বসুসু নহাক্নি ॥১৩॥ শুক্লপক্ষ, কৃষ্ণপক্ষ, কলা, অদুগুম্বা কলা কুন্থ্রানা শাবা কাল মিকুপ তরানিপাল্লা শাবা কাষ্ঠা কৌবা কাল, অদুগা লবুবর্ণ অমাবু হায়দোকপদা মতম অদুগী শরুক মরিগী শরুক অমা ওইবা ত্রুতি কৌবা কালসু নংনি, চহি, ঋতু, অহিং নুংথিল পুম্বা নংগী নশকনি ॥১৪॥ চীং মল্ , কুরেল, বন, উপবন, পৃথিবীসু নংনি, অমম্বা লাওত্রবা মঙ্গালগী মপৈনা থল্লবা অকাশ, তিমি, তিমিঙ্গিল, অমাতরক, অমদি মকর, কুম্ভীরনা তিল্লবা সমুদ্রসু নংনি ॥১৫॥ অদুনা নংবু পরং ব্রহ্মনি হায়না হায়না অমন থৈরবা মুনি ঋষিশিংনা মংভানবগা লোয়ননা ইন্দ্র পূজা অসুম হায়না তৌনরিবনি, অদুনা অহিত্ত্বকশিংনা অদুনা নংগী স্তুতি তৌরি, নহুষ যজ্ঞ মফম অদুদা সোমরসসু থকদি, জীবপানবা

ত্বং বিপ্রৈঃ সততমিহেজ্যসে ফলার্থং বেদাঙ্গেষ্বতুলবলৌঘ ! গীয়সে চ ।
ত্বদ্ধেতোর্যজনপরায়ণা দ্বিজেন্দ্রা বেদাঙ্গান্যভিগময়ন্তি সর্ব্বযত্নৈঃ ॥১৭॥

সৌতিরুবাচ ।

এবং স্তুতস্তদা কদ্র্বা ভগবান্ হরিবাহনঃ । নীলজীমূতসংঘাতৈঃ সর্ব্বমম্বরমাবৃণোৎ ॥১৮॥
মেঘানাজ্ঞাপয়ামাস বর্ষধ্বমমৃতং শুভম্ । তে মেঘা মুমুচুস্তোয়ং প্রভূতং বিদ্যুদুজ্জ্বলাঃ ॥১৯॥
পরস্পরমিবাত্যর্থং গর্জ্জন্তঃ সততং দিবি । সংবর্ত্তিতমিবাকাশং জলদৈঃ সুমহাদ্ভুতৈঃ ॥২০॥
সৃজদ্ভিরতুলং তোয়মজস্রং সুমহারবৈঃ । সম্প্রনৃত্তমিবাকাশং ধারোর্ম্মিভিরনেকশঃ ॥২১॥
মেঘস্তনিতনির্ঘোষৈর্বিদ্যুৎপবনকম্পিতৈঃ । তৈর্মেঘৈঃ সততাসারং বর্ষদ্ভিরনিশং তদা ॥২২॥
নষ্টচন্দ্রার্ককিরণমম্বরং সমপদ্যত । নাগানামুত্তমো হর্ষস্তদা বর্ষতি বাসবে ॥২৩॥
আপূর্য্যত মহী চাপি সলিলেন সমন্ততঃ । রসাতলমনুপ্রাপ্তং শীতলং বিমলং জলম্ ॥২৪॥
তদা ভূরভবচ্ছন্না জলোর্ম্মিভিরনেকশঃ । রামণীয়কমাগচ্ছন্ মাত্রা সহ ভুজঙ্গমাঃ ॥২৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
আস্তীকে সৌপর্ণে একবিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

—০:*:০—

পুমনমক্কী কান্নবগীদমক্তা কৎলিবা হবিবু নংনা লৌরি ॥১৬॥ চাংদমনিংঙায় লৈতনা কল্লবা হে দেবরাজ ! মর্ত্তলোক অসিদা ব্রাহ্মণশিংনা স্বর্গলোকনাচিংবা মহে ফংননবগীদমক্তা নংগী পূজা তৌনরিবনি, বেদ বেদাঙ্গ পুমনমক্তা নংগী নগুণ শক্তি, ব্রাহ্মণশিংনা নংবু ফংগে হায়দুনা যজ্ঞ লিংখৎলগা বেদ বেদাঙ্গ পুমনমক্কী আলোচনা তৌনরি ॥১৭॥ সৌতিনা হায়খি— কদ্রুনা অসুম তৌনা স্তুতি তৌরব্বা ইন্দ্রনা মুরবা নোংগী মপৈনা অতিয়া কুপখ্রে ॥১৮॥ ইন্দ্রনা মালিবা নোং পুমনমক্তা ঈশিংগী মশাক লৌদুনা শিন্দুনবা য়াথং পিখি। অদুগী মতুংদা নোং পুমনমকনা অমনা অমগী মকমদা ভংশিনদুনা অমগা অমগা থেংজিন্নবনা নোংথাংগী মশাক ওইরবা মৈরি হোৎদুনা মায়কৈ মরি ভালহন্দুনা অতৎ অথম লৈতনা চুথরকলে, হৌজিক্তা অচৌক ফজরম্বা আকাশদো মুরবা ভংলবা নোংগী মপৈনা কুপথিবনা অকিক্কী মশাক লৌখ্রে ॥১৯—২০॥ হায়রিবা নোং পুমনমক অসিনা অতৎ অথম নাইদনা ওংদুনা চুথরক্লবদা নোংগী ধারাদা ইথক হৌখ্রে। অদুনা অমতা ওইবা আকাশনা আকাশ মথল মথল থোকনা উরে। ২১॥ নোংমতুম মতুমনা তোঙান তোঙান থোংলক্লে, মরক মরক্তা নোংথাং কুপলি, নুংশিথনা মৈবদা নোংগী [illegible] মশিং লাকঙমদনা শিকথরক্লি মতৌ অসুমনা ইন্দ্রনা নোং ওইনা চুথরক্লবদা অতিয়াদা [illegible] থা মশাক উথিরে, মতম অদুদা নিংশিংগী থোইদোকনা নুংঙাইবা ওইখ্রে ॥২২—২৩॥ নোংগী ঈশিংনা পৃথিবী লৈমায় থুমখ্রে, অইত্রা নুরবা ঈশিংনা পাতাল তায়া চংখ্রে ॥ ২৪ ॥ ঈশিংনা ইথকক্কা [illegible] লৈমায়গী অকুৎ অকুৎদা মকমদা তুংদনা লৈখ্রে। মতম অসিদা নিংশিংন [illegible] ইথক অদুনা তুংখি ॥২৫॥

[illegible] শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেখবা সংহিতাদা আদি পর্ব্বদা [illegible] সৌপর্ণ কৌবা [illegible] অধ্যায় লোইরে ॥

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব—আস্তীকে সৌপর্ণে

(কুননিথোই শুবা অধ্যায়)

—:*:—

সৌতিরুবাচ।

সম্প্রহৃষ্টাস্ত তা নাগা জলধারাপ্লুতাস্তদা। সুপর্ণেনোহ্যমানাস্ত জগ্মুস্তং দ্বীপমাশু বৈ ॥১॥

তং দ্বীপং মকরাবাসং বিহিতং বিশ্বকর্ম্মণা। তত্র তে লবণং ঘোরং দদৃশুঃ পূর্ব্বমাগতাঃ ॥২॥

সুপর্ণসহিতাঃ সর্পাঃ কাননঞ্চ মনোরমম্॥ সাগরাম্বুপরিক্ষিপ্তং পক্ষিসংঘনিনাদিতম্ ॥৩॥

বিচিত্রৈঃ পুষ্পফলৈর্বনরাজিভিরাবৃতম্। ভবনৈরাবৃতং রম্যৈস্তথা পদ্মাকরৈরপি ॥৪॥

প্রসন্নসলিলৈশ্চাপি হ্রদৈর্দিব্যৈর্বিভূষিতম্। দিব্যগন্ধবহৈঃ পুণ্যৈর্মারুতৈরুপবীজিতম্ ॥৫॥

উৎপতদ্ভিরিবাকাশং বৃক্ষৈর্মলয়জৈরপি। শোভিতং পুষ্পবর্ষাণি মুঞ্চদ্ভির্মারুতেরিতৈঃ ॥৬॥

বায়ুবিক্ষিপ্তকুসুমৈস্তথান্যৈরপি পাদপৈঃ। কিরদ্ভিরিব তত্রস্থান্ নাগান্ পুষ্পাম্বুবৃষ্টিভিঃ ॥৭॥

---

সৌতিনা হায়খি— গরুড়গী মথক্তা তোংলিবা লিলশিং অদু নোংগী ধারানা পুমচোৎ চোত্তুনা ওলাংবা মৈশা পুম্বা কোকখ্রতুনা যাম্না নুংঙাইবে— থুনা য়াংনা ফজথ্রবা দ্বীপ অদুদা থুংগরে ॥১॥ অহানবদা বিশ্বকর্ম্মানা ঈথৎ অসি ঙা মকরশিংগী লৈননবগী দমক শেমখিবনি। ইহান হানবদা লিলশিং অশিনা লাকপা মতমদা অকিবগী মশক ওইরবা লবণাসুরবু উখি ॥ ২ ॥ লিলশিং অদুনা গরুড়গা লোয়ননা চত্তুনা ফজরবা ইথৎ অদু য়েংখি, মাযকৈ অকোয়বদা সমুদ্রগী ঈশিংনা কোযশিন্দুনা লৈ। মথল মথা অয়াম্বা উচেক ব্রায়াশিংগী খোঞ্জেল্লা দ্বীপ অদু পূমনিন্ নিংগি ॥ ৩ ॥ মায়কৈ ম[illegible] অপীক অপীকপা বনমচাশিং লৈ, বনশিং অদুদা মথল মথা অয়াম্বা লৈশাংলি মহৈমরোং চুম্না পাল্লি, মফম মফমদা ফজরবা য়ুম অমদি পুকখ্রীনচিংবা লৈ। লুরবা ঈশিংনা থল্লবা পাৎ কয়ানা লৈত্তেংবা ইথংনি, পুক্লিং হুননবগী মশক ওইরবা হৈনম লৈনম পুরিবা নামিবা নুংশিৎনা বনশিং অদুবু লেংহল্লি, চন্দন পাম্বীশিংনা নুংশিংকী অকাম্বা খাংবা শমদনুনা নীক্ল নীক্লা নোংথক্তগী লৈগী নোংচুথরক্লে হায়রবগী মতাগুম মপালমনম খিবিকনা নোংথকত্তা হাইগংখি, উপাম্বীশিং অদুনা নুংশিংনা রৈবদা মথোরগী মনা মপাল খিবিকপু মফম অদুদা লৈরিবা লিলশিংগী মথক্তা লৈগী নোংচুথহল্লমই। অদুগা মপাল শাত্তবা পাম্বীশিংনা মাগী মাগী উনাশিংদগী লিক্লাগী মরিক মরিক খিকথবিরমই। অউবা শ্রীগী থমোইদা নুংঙায়বগী ইচেল চেহলবা বননি, গন্ধর্ব্ব অমদি অপ্সরাশিংগী নুংঙাইনফম ওইবা বনমক্তনি, ময়াই কারবা খোইমু লাবা অমোমনা ভুং ভুং ভংহনা পরেং পরেং কোয়না কোয়না পাইরমই, অদুগা

মনঃসংহর্ষজং দিব্যং গন্ধর্ব্বাপ্সরসাং প্রিয়ম্। মত্তভ্রমরসংঘুষ্টং মনোজ্ঞাকৃতিদর্শনম্।৮।
রমণীয়ং শিবং পুণ্যং সর্ব্বৈর্জনমনোহরৈঃ। নানাপক্ষিরুতং রম্যং কদ্রুপুত্রপ্রহর্ষণম্ ॥৯॥
তত্তে বনং সমাসাদ্য বিজহ্রুঃ পন্নগাস্তদা। অব্রুবংশ্চ মহাবীর্য্যং সুপর্ণং পতগেশ্বরম্ ॥১০॥
বহোদ্যানপরং দ্বীপং সুরম্যং বিমলোদকম্। ত্বং হি দেশান্ বহূন্ রম্যান্ ব্রজন্ পশ্যসি খেচর! ॥১১॥
স বিচিন্ত্যাব্রবীৎ পক্ষী মাতরং বিনতাং তদা।। কিং কারণং ময়া মাতঃ! কর্ত্তব্যং সর্পভাষিতম্ ।১২।

বিনতোবাচ।

দাসীভূতাস্মি দুর্ভাগ্যাৎ সপত্ন্যাঃ পতগোত্তম। পণং বিতথমাস্থায় সর্পৈরুপধিনা কৃতম্ ॥১৩॥
তস্মিংস্তু কথিতে মাত্রা কারণে গগনেচরঃ। উবাচ বচনং সর্পাংস্তেন দুঃখেন দুঃখিতঃ ॥১৪॥
কিমাহৃত্য বিদিত্বা বা কিং বা কৃত্বেহ পৌরুষম্। দাস্যাদ্বো বিপ্রমুচ্যেয়ং তথ্যং বদত লেলিহাঃ! ॥১৫॥

সৌতিরুবাচ।

শ্রুত্বা তমব্রুবন্ সর্পা আহরামৃতমোজসা। ততো দাস্যাদ্বিপ্রমোক্ষো ভবিতা তব খেচর! ॥১৬॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
আস্তীকে সৌপর্ণে দ্বাবিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

বনশিং অদো মওংমতৌদা মহোশানা ইযদা ফজহনা লৈরিবনি। ফজ ফজরবা উরি ব্বারীতনা থন্না লৈবনা ফজরবা, মঙ্গলগী মশক ওইববা অমদি শেংলবা বন অহনা মতম লৈবখিবিক্র। লিলশিংদা মুংঙাইবা পিবমই, বনগী উনা অপুংবা মবক্রা উচেকশিংনা শর্রকপা ইশৈবু তারগা কদ্রুগী মচা লিলশিংগী থমোইদা মুংঙাইবা পোক্রমই ॥ ৪-৯॥ লিলশিং অসিনা বন অদুদা হেক থুংবা মতমদা বন অদুদা কোয়চেন চেন্দুনা শানৈ, মপাঙ্গল থোইনা কল্লবা উচেক নিংথৌ গরুড়দা মখোয়না হায়খি ॥ ১০॥ গরুড়! নুরবা ঈশিংনা থল্লবা, পুকশি পাংনা থন্না লৈববা অতোপ্পা বন অমদা ঐখোযবু পুয়না চংলু, অসুম চৎখিবদা নহাকসু যজ ফজবা বন-দেশনচিংবা উবা ফংগনি. ॥১১॥ মতম অদুদা গরুড়না হাক ব্বাখল তৌরগা মমা বিনতাদা হায়খি— ইমা! করিগীদমক্রা লিলশিং অসিনা ঐগোন্দা থৌদারিবনো? ॥ ১২॥ বিনতানা হায়খি— ইবুংঙো! ঐগী লোম্নবী ইচেম কদ্রুনা নমথাক তৌদুনা ঐবু মাগী মীনাইনুবী ওইহনখ্রবনি, লিলশিং অসিনা ঐখোয় অনিনা থানখিবা পোম্বাবু মীনমদুনা, লান্না উহন্দুনা ঐবু নমদুনা মীনাই ওইহনখিবনি ॥ ১৩॥ মীনাই ওইখ্রবনি হায়বা তাবদা গরুড়গী থমোইদা থোইদোকনা মুংঙাইতবা শাওনিংবা পোকখিদুনা লিলশিংদা হায়খি ॥ ১৪॥ লিন পুমনমক! করম্বা পোৎশকনা অমদি করম্বা থবক তৌরগা নত্রগা করম্বা খুদোন অমা নখোয়দা পীরগা ঐখোয় অসি নখোয়গী মীনাই ওইবদগী কোককদগে, চুমনা হায়য়ু ॥১৫॥ সৌতিনা হায়খি— লিলশিংনা গরুড়গী ব্বা তাবসিদা করি হায়খিবগে হায়রবু—গরুড়! করিগুম্বা উপায় অমনা নত্রগা নমদুনা অমৃত পুরকউ, অদু ওইরবদি নখোয়বু মীনাই ওইবদগী থাদোকপিগে॥ ১৬॥
মতাং অসিদা শ্রীমহাভারততা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদি পর্ব্বদা আস্তীকক্কী মতাংদা সৌপর্ণ কৌবা কুননিথোই শুবা অধ্যায় লোয়রে॥

# শ্রীমহাভারতম্

## আদিপর্ব—আস্তীকে সৌপর্ণে

### ( কুনথ্রামদোই শুবা অধ্যায় )

—:*:—

সৌতিরুবাচ ।

ইত্যুক্তো গরুড়ঃ সর্পেস্ততো মাতরমব্রবীৎ । গচ্ছাম্যমৃতমাহর্ত্তুং ভক্ষ্যমিচ্ছামি বেদিতুম্ ॥১॥

বিনতোবাচ ।

সমুদ্রকুক্ষাবেকান্তে নিষাদালয়মুত্তম্ । ভবনানি নিষাদানাং তত্র সন্তি দ্বিজোত্তম ॥২॥

পাপিনাং নষ্টলোকানাং নির্ঘৃণানাং দুরাত্মনাম্ । নিষাদানাং সহস্রাণি তান ভুক্ত্বাঽমৃতমানয় ।৩॥

ন চ তে ব্রাহ্মণং হন্তুং বুদ্ধিঃ কার্য্যা কথঞ্চন । অবধ্যঃ সর্ব্বভূতানাং ব্রাহ্মণো হ্যনলোপমঃ ॥৪॥

অগ্নিরর্কো বিষং শস্ত্রং বিপ্রো ভবতি কোপিতঃ । গুরুর্হি সর্ব্বভূতানাং ব্রাহ্মণঃ পরিকীর্ত্তিতঃ ॥৫॥

এবমাদিস্বরূপৈস্তু সতাং বৈ ব্রাহ্মণো মতঃ । স তে তাত ! ন হন্তব্যঃ সংক্রুদ্ধেনাপি সর্বথা ॥৬॥

ব্রাহ্মণানামভিদ্রোহো ন কর্ত্তব্যঃ কথঞ্চন । ন হ্যেবমগ্নির্নাদিত্যো ভস্ম কুর্য্যাত্তথানঘ ॥৭॥

যথা কুর্য্যাদভিক্রুদ্ধো ব্রাহ্মণঃ সংশিতব্রতঃ । তদেতৈর্বিবিধৈর্লিঙ্গৈস্ত্বং বিদ্ধ্যাস্তং দ্বিজোত্তমম্ ॥৮॥

ভূতানামগ্রভূর্বিপ্রো বর্ণশ্রেষ্ঠঃ পিতা গুরুঃ ।

---

সৌতিনা হায়খি— লিলশিংগী ৱা অসি তাবদা গরুড়না মমাদা চত্নুনা তমখি — ইমা । শ্রী অমৃত থীব চৎলুগে, অদুবু লম্বীদা করি চাগদগে অদু খংজনিংঙি ॥ ১ ॥ বিনতানা হায়খি— উচেক অথোইবা । সমুদ্র অসিগী ৱাংমদা শাদানবাশিংগী খুল অমা লৈরনি, খুল অদুদা শাদানবগী য়ুমসু য়ামনা লৈবনি ॥ ২ ॥ য়ুমশিং অদুদা মী হাৎপা, মুংশিংহৈতবা অমদি পাপ চেননা শাদানব লিশিং লিশিং লৈবনি, নংনা মখোয়শিং অদুবু চাজমখিদুনা অমৃত থীবা চৎলু ॥ ৩ ॥ অদুগা ব্রাহ্মণবুদি নংনা হাৎপা য়াদে, অদুগা করিগুম্বা মওংদা মখোয়গী ৱাহনবগী ৱাখল ফাওবা অমনা য়াদে, মরমদি ব্রাহ্মণ হায়বসি অগ্নিদেবতাগা অমানি, করাগুম্বা থৱাই পানবা অমনা মখোয়বু হীরনা তৌবা ইয়া য়াদে ॥ ৪ ॥ থোইদোকনা হায়রবদা ব্রাহ্মণনা শাউরবদা মশামক মৈ, সুমিৎ, হু অমদি খুৎলায় খুরকতা ওইখি । ব্রাহ্মণদি জীব পানবা পুম্নমককী গুরুনি ॥৫॥ গুণ পুম্নমক অসিগুম্বা অদিনবা মীশিংনা ব্রাহ্মণবু পূজা তৌননবগী মশকনি হায়না খনবনি । ইবুংঙো ! শাউরবা কাওবা নংনা ব্রাহ্মণবু থক হিংসা তৌগনু ॥৬॥ ব্রাহ্মণবু হিংসা তৌরুনু, মরমদী ব্রত উপাসনা করবা ব্রাহ্মণ অমনা শাউরকপা মতমদা অমগী মাংহনবা তৌবা ঙম্বা অদুক, শাউরবা অগ্নি নত্রগা সূর্য্যনমক

গরুড় উবাচ।

কিংরূপো ব্রাহ্মণো মাতঃ! কিংশীলঃ কিংপরাক্রমঃ ॥৯॥

কিং দ্বিদগ্নিনিভো ভাতি কিং স্বিৎ সৌম্যপ্রদর্শনঃ যথাহমভিজানীয়াং ব্রাহ্মণং লক্ষণৈঃ শুভৈঃ ॥১০॥

তন্মে কারণতো মাতঃ! পৃচ্ছতো বক্তুমর্হসি।

বিনতোবাচ।

যস্তে কণ্ঠমনুপ্রাপ্তো নিগীর্ণং বড়িশং যথা ॥ ১১ ॥

দহেদঙ্গারবৎ পুত্র! তং বিদ্যা ব্রাহ্মণর্ষভম্। বিপ্রস্ত্বয়া ন হন্তব্যঃ সংক্রুদ্ধেনাপি সর্ব্বদা ॥ ১২ ॥

প্রোবাচ চৈনং বিনতা পুত্রহার্দ্দাদিদং বচঃ। জঠরে ন চ জীর্য্যেদ্যস্তং জানীহি দ্বিজোত্তমম্ ॥ ১৩ ॥

পুনঃ প্রোবাচ বিনতা পুত্রহার্দ্দাদিদং বচঃ। জানন্ত্যপ্যতুলং বীর্য্যমাশীর্ব্বাদপরায়ণা ॥১৪॥

প্রীতা পরমদুঃখার্ত্তা নাগৈর্বিপ্রকৃতা সতী।

বিনতোবাচ।

পক্ষৌ তে মারুতঃ পাতু চন্দ্রসূর্য্যৌ তু পৃষ্ঠতঃ ॥ ১৫ ॥

---

তৌবা ভমদে। মরম অদুনা মথল মথা অয়াম্বা খুদমশিংনা ব্রাহ্মণগী মশক খংনবা তৌগদৌবনি। ৭—৮॥ ব্রাহ্মণ হায়বসি জীব পুম্বগী লুচিংবনি, বর্ণ মরিগী অথোইবনি, ইপানি অর্ম্মদি গুরুমক্কি হায়না খংগদৌবনি। গরুড়না হায়খি-ইমা। ব্রাহ্মণগী মওং মতৌ করম তৌবগে? শাক্তংনা কমদৌ? অদুগা কদায ফাউবা তৌবা ভম্বগে? ॥৯॥

ব্রাহ্মণ হায়বসি মৈগী মতৌগুম্বা লাকওম ফাঙমদনা শাওগনবরা? নত্রগা য়েংবদা শান্তিগী মশকলা? ব্রাহ্মণগী মশক মুম্না খংননবা খুদমশিং অদো ঐঙোন্দা লেয়না হায়বিয়ু। বিনতানা হায়খি ইবুঙো। মহাক অদুনা নংগী খৌরি চরমদা চংখিদুনা ঙা ফানবা খোইগী মতৌগুম নত্রগা মৈহুমগী মতৌগুম নংগী খৌরিবু চাকথেকপা ঙমবা মহাক অদো অশেংবা ব্রাহ্মণনি খংঙু, কনয়াম্না শাউম্বনমু ব্রাহ্মণবু খক হিংসা তৌগনু ॥১০—১২॥ মচাবু মুংশিবনা মমা বিনতানা ম্বা অসিমম্ হায়খি— মহাক অদুনা চাকখাওদা চংম্রবা ফাওবদা তুম্মু খক য়াদবা মহাক অদুমা অশেংবা ব্রাহ্মণনি খংঙু। ১৩॥ * নিরাশিংনা মমা বিনতাদা নমথাক তৌখি হায়বা তাবদা গরুড়না খোইদোক্লা শাওখি। অদুমদি ওইরবদা গরুড়না অম্বাবা অহানবী কোকননবা হোৎনগদৌরি হায়বা উবদা মমা বিনতানা খর মুক্তোইখি, অদুগা মচা গরুড়গী থবক অসিদা মঙ্গল ওইনবগীদমক্তা খন্দুনা লৈখি। মচাগী পাঙ্গল অমুক কন্নি হায়বা খংদুনমু মচাবু মুংশিবনা বিনতানা অমমনা হায়খি— মুংশিংনা নংগী নখোং অনিবু ঙাকপা অদুগা চন্দ্র সূর্য্য অনিনা নংগী নমঙ্গনবু ঙাকপা ওইসমু ॥১৪—১৫॥

---

* মানিরী ভাবতি অদুগুম্বা ব্রাহ্মণ অদুনা অশাওবা মুত্তি লোদুনা স্ত্রী অমগী থমোইদা চংশ্রবদি চাবদা তুম খৌবা লাইবগী, পোৎশক অমা ব্রাহ্মণ অদুনা শার্ঙিদা স্ত্রী অদুগী মুকরুং অদুনা তুবা য়াদবা পোৎশক অমা ওইনা অমুমদুং ঙৈরু। সমরা হায়রবদা ব্রাহ্মণগী অশাওবা মুত্তইতবসু তুমুৎত্রবা হিদাক লৈতে।

শিরশ্চ পাতু বহ্নিস্তে বসবঃ সর্ব্বতস্তনুম্ । অহঞ্চ তে সদা পুত্র ! শান্তিস্বস্তিপরায়ণা ॥ ১৬ ॥
ইহাসীনা ভবিষ্যামি স্বস্তিকারে রতা সদা । অবিঘ্নং ব্রজ পন্থানং পুত্র ! কার্য্যার্থসিদ্ধয়ে ॥১৭॥
ততঃ স মাতুর্বচনং নিশম্য বিততা পক্ষৌ নভ উৎপপাত ।
ততো নিষাদান্ বলবানুপাগতো বুভুক্ষিতঃ কাল ইবান্তকোঽপরঃ ॥ ১৮ ॥
স তান্নিষাদানুপসংহরংস্তদা রজঃ সমুদ্ধূয় নভঃস্পৃশং মহৎ ।
সমুদ্রকুক্ষৌ চ বিশোষয়ন্ পয়ঃ সমীপজান্ ভূধরজান্ বিচালয়ন্ ॥১৯॥
ততঃ স চক্রে মহদাননং তদা নিষাদমার্গং প্রতিরুধ্য পক্ষিরাট্ ।
ততো নিষাদাস্ত্বরিতাঃ প্রবব্রজুর্যতো মুখং তস্য ভুজঙ্গভোজিনঃ ॥২০॥
তদাননং বিবৃতমতিপ্রমাণবৎ সমভ্যযুর্গগনমিবার্দ্দিতাঃ খগাঃ
সহস্রশঃ পবনরজোবিমোহিতা যথানিল প্রচলিতপাদপে বনে ॥২১॥
ততঃ খগো বদনমমিত্রতাপনঃ সমাহরৎ পরিচপলো মহাবলঃ ।
নিষূদয়ন্ বহুবিধমৎস্যজীবিনো বুভুক্ষিতো গগনচরেশ্বরস্তদা ॥২২॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
আস্তীকে সৌপর্ণে ত্রয়োবিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

—*—

অগ্নিদেবতানা নংগী নকোরপু ঙাকপা ওইসনু, বসু মখল নিপালনা নংগী হকচাং কাযাৎপু ঙাকপা ওইসনু অহুগা ঐনা নংগী মমা অমা ওইনা মতমলৈবাখিবিক্তা নংগী মঙ্গলদা খন্দুনা, নংগী মঙ্গলু ওইননবা, ইচাবু মঙ্গল ওইহনবিযু অসুম হায়না হন্না হন্না শোন্দুনা নংনা লাক্তিফাওবা মফম অসিদা ফমদুনা লৈরমগে। অদুনা ইবুংগো ! থবক অসি পাংথোবনবা য়ৈখায থিঙ্গাই লৈতনা নমাগী লম্মন শিংননবা তৌকরো চৎলো ॥১৬—১৭॥ বা অসি তাবদা গকড়ন পাক চাউরবা মশা অনি ফন্দোক্তুনা আকাশদা পাযখৎলে, অহুগী মতুংদা পুন্নমকপু মাংহল্লবা, মপাঙ্গল কল্লবা, অতোপ্পা যমরাজ অমাগী মতৌগুম চরাহুরবা গকড অসি শাদানবাশিংগী খুল অদদা থুংলে ॥১৮॥ শাদানবাশিং অহুবু লোয়না হাংকে অসুম হায়না খন্দুনা গকড়না পাক্রবা মশা অহনা হুম্লকপা মুংশিংনা লৈমায়থকী উতুল মপৈবু নোংমদোন পকনা পাযখৎহন্দুনা, সমুদ্রগী ঈশিংবু কোংগায অমা কংহন্দুনা মনাক্তা লৈরিবা চীংগী চাউরবা উপান্বীশিংবু থোক থোক নোমহন্দুনা পাইরকপা হৌরে ॥ ১৯ ॥ অহুগী মতুংদা উচেক নিংথৌ গকড়না শাদানবাশিং অহুগী চেনথোকরক্কদবা মাযকৈ পুননমক থিলগা মযা কাথোক্তুনা পাইশিল্লক্রে, অহুগী মতুংদা মাগী কাথোরকপা ময়ানা লৈরম লৈবন্দ্বা মফমদা শাদানবশিংনা থুনা যাংনা চেনশিল্লক্রে ॥২০॥ অহুগী মতুংদা মুংশিংনা হুমদোকখ্রবা উচেক সচাশিং অদুনা অতিয়াদা পায়খৎখি, অহুগা খরনা মুংশিংকী ইপোম হৌরকপদা বন পুম্বা অহনা নিক্লক্লবদা মাযকৈ মরি পাইথোক্তুনা চেন্নখি, উতুল মপৈনা মায়াকৈ মরি কুপশ্রবদা মমখিবনা শাদানবা মপৈ মপৈনা গরুড়গী মখয়াক্তা চোংশিনখি॥২১॥ অহুগী মতুংদা যেকনবা হাংপা মপাঙ্গল কল্লবা, লাম্নবা উচেক নিংথৌ গরুড়না শাদানবাশিং অহুবু শাযরগে হংযহনা মচিল থকখা অনিমক উমশিনখ্রে ॥২২॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারতত্তা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীবাসনা লেংবা সংহিতা আদি পর্ব্বদা. আস্তীককী সৌপর্ণ কৌবা মতাংদা কুনহুমদোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

——:(*):——

# শ্রীমহাভারতম্।

## আদি পর্ব্ব— আস্তীকে সৌপর্ণে

( কুনমরি শুবা অধ্যায়ঃ )

—:*:—

সৌতিরুবাচ।

তস্য কণ্ঠমনুপ্রাপ্তো ব্রাহ্মণঃ সহ ভার্য্যয়া। দহন্ দীপ্ত ইবাঙ্গারস্তমুবাচান্তরিক্ষগঃ ॥১॥

দ্বিজোত্তম বিনির্গচ্ছ তূর্ণমাস্যাদপাবৃতাৎ। নহি মে ব্রাহ্মণো বধ্যঃ পাপেষ্বপি রতঃ সদা ॥২॥

ব্রুবাণমেবং গরুড় ব্রাহ্মণঃ প্রত্যভাষত। নিষাদী মম ভার্য্যেয়ং নির্গচ্ছতু ময়া সহ ॥৩॥

গরুড় উবাচ।

এতামপি নিষাদীং ত্বং পরিগৃহ্যাশু নিষ্পত। তূর্ণং সম্ভাবয়াত্মানম্ অজীর্ণং মম তেজসা ॥৪॥

সৌতিরুবাচ।

ততঃ স বিপ্রো নিষ্ক্রান্তো নিষাদীসহিতস্তদা। বর্দ্ধয়িত্বা চ গরুড়মিষ্টং দেশং জগাম হ ॥৫॥

সহভার্য্যে বিনিষ্ক্রান্তে তস্মিন্ বিপ্রে চ পক্ষিরাট্। বিতত্য পক্ষাবাকাশমুৎপপাত মনোজবঃ ॥৬॥

ততোঽপশ্যৎ স পিতরং পৃষ্টশ্চাখ্যাতবান্ পিতুঃ। যথান্যায়মমেয়াত্মা তঞ্চোবাচ মহানৃষিঃ ॥৭॥

---

সৌতিনা হাযখি—কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ অমনা মাগী মুপীগা লোয়ননা গরুড়গী খৌরি চরমদা চংখিবা অদুদা চান্নবা মৈহুমগুম্বা ব্রাহ্মণ অদুনা গরুরগী খৌরি অদু চাকখি, মতম অদদা গরুড়না মাঙোন্দা হাযখি ॥১॥ ব্রাহ্মণ! ঐ হৌজিক যা কাথোক্লগে, হৌজিকমক মপান থোকপিরকউ, পাপ চেন্নবা ব্রাহ্মণ ফাউবা হিংসা তৌবা চুমদে।২॥ গরুড়না অসুম হায়ববদা ব্রাহ্মণনা খুমলকই — অদু ওইরবদি ঐগী মুপী শাদানবী নিংঙোল অসিসু ঐগা লোয়ননা থোরক্কে য়াবরা? ॥৩॥ গরুড়না হাযখি — শাদানবী নিংঙোল অদুবুসু পুন্না থোকপিরকউ, নখোই অনি অসি ঐগী পুক্তা তুম্মু হায়বা য়াদ্রে, মরম অদুনা ব্রাহ্মণ! খুনা যাংনা নশামক কন্নবা হোৎনবিয়ু ॥৪॥ সৌতিনা হায়খি—অদুগী মতুংদা ব্রাহ্মণ অদুনা মাগী মুপী শাদানবী অদুগা লোয়ননা গরুড়গী মখৌরিদগী চোংথোরক্লুনা আশীর্ব্বাদনচিংবা ম্বাহৈনা থাগৎলমদুনা চৎখ্রে ॥৫॥ ব্রাহ্মণ অদু থোকখ্রবা মতুংদা পাক চাউরবা মপা অনি অদু খগ্লুনা পুক্কিংগী মতৌগুম য়াংলবা গরুড় অতিয়াদা পায়থৎখ্রে ॥৬॥ অদুগী মতুংদা গরুড়না মপা কশ্যপবু উখি, কশ্যপনা হংবা ম্বাহং মথৈ গরুড়না লায়না পাউখুম পিখি। অদুগী মতুংদা থংকম থোক্লুবা মগুণনা মহাক্কী ওইবা মহর্ষি কশ্যপনা গরুড়দা হংখি ॥৭॥

কশ্যপ উবাচ।

কচ্চিদ্বঃ কুশলং নিত্যং ভোজনে বহুলং সুত ! । কচ্চিচ্চ মানুষে লোকে তবান্নং বিদ্যতে বহু ॥৮॥

গরুড় উবাচ।

মাতা মে কুশলা শশ্বত্তথা ভ্রাতা তথা হ্যহম্। ন হি মে কুশলং তাত ! ভোজনে বহুলে সদা ॥৯॥

অহং হি সর্পৈঃ প্রহিতঃ সোমমাহর্ত্তুমুত্তমম্। মাতুর্দাস্যবিমোক্ষার্থমাহরিষ্যে তমদ্য বৈ ॥১০॥

মাত্রা চাত্র সমাদিষ্টো নিষাদান্ ভক্ষয়েতি হ। ন চ মে তৃপ্তিরভবদ্ভক্ষয়িত্বা সহস্রশঃ ॥১১॥

তস্মাদ্ভক্ষ্যং ত্বমপরং ভগবন্ ! প্রদিশস্ব মে। যদ্ভুক্ত্বামৃতমাহর্ত্তুং সমর্থঃ স্যামহং প্রভো ! ॥১২॥

ক্ষুৎপিপাসাবিঘাতার্থং ভক্ষ্যমাখ্যাতু মে ভবান্।

কশ্যপ উবাচ।

ইদং সরো মহাপুণ্যং দেবলোকেঽপি বিশ্রুতম্ ॥১৩॥

যত্র কূর্ম্মাগ্রজং হস্তী সদা কর্ষত্যবাঙ্মুখঃ। তয়োর্জন্মান্তরে বৈরং সম্প্রবক্ষ্যাম্যশেষতঃ ॥১৪॥

তন্মে তত্ত্বং নিবোধস্ব যৎপ্রমাণৌ চ তাবুভৌ। শৃণু ত্বং বৎস ! ভদ্রং তে কথাং বৈরাগ্যবর্দ্ধিনীম্ ॥১৫॥

পিত্র্যার্থবিভাগে বৈ সমুৎপন্নাং পুরাণজ ! । আসীদ্বিভাবসুর্নাম মহর্ষিঃ কোপনো ভৃশম্ ॥১৬॥

ভ্রাতা তস্যানুজশ্চাসীৎ সুপ্রতীকো মহাতপাঃ। স নেচ্ছতি ধনং ভ্রাত্রা সহৈকস্থং মহামুনিঃ ॥১৭॥

---

কশ্যপনা হায়খি— ইবুংঙো ! মতমলৈবাখিবিক্তা নংগী মঙ্গল ওইরিদনা ? অতিয়াদা নংগী চানবা য়াথলিরোই, মর্ত্তলোকতসু মতিক চানা চানবা ফংলিদনকো ? ॥৮॥ গরুড়না খুমখি- ঐগী ইমা, ইয়াম্বা অচুগা ঐ, পুমনমক লোয়না মঙ্গল ওইজরি। অতুদা ঐগী অচা অথক অসি মরাং কায়না ফংবদদি মঙ্গল ওইদ্রি ॥ ৮ ॥ অমৃত লৌ-চো হায়দুনা লিল ময়ামনা ঐবু থাররি, অমৃততু ফংলবতদা মখোয়না ইমাবু মীনাই ওইবা কোকহনগদৌরি, অদুনা ঐসু ইমাগী মীনাই কোকননবা অমৃত লৌকবা তারি। ১০॥ হিরম অসিদা ইমানা ঐভোন্দা অসুম হায়না য়াথং পিখি— নংনা শাদানবাশিং লোয়না চাও। অদুবু, পিতা ! শাদানবা লিশিং লিশিং চাদুনসু ইপুক থনবা লৈতরে ॥১১॥ মরম অদুনা হে পিতৃদেব ! অসিগুম্বা ঐগী চিঞ্জাক অমত্তা তাকপিয়ু মাদু চারগা ইপুক থন্না অমৃত থিল্লবা ঙম্বা ॥ ১২ ॥ ঐগী [illegible] খোরাংবা অসি কোকপা ঙম্বা চিঞ্জাক অমতা তাকপিয়ু। কশ্যপনা হায়খি— য়েংঙু, উরিবা, [illegible] পুকশ্রি, আসে দেবলোকতসু ফাউনিবনি ॥১৩॥ পুকশ্রি অসিদা চাউরবা শামু অমনা মন্নাই [illegible] ঐগী [illegible] লৌরবা ময়াম্বু মনাতোন্না চিংদুনা লৈরিবনি। মহানুক্তী মপোক্কী মখোয় অনি অনি য়েন্না ওইনা পোক্লম্বনি, মসিগী [illegible] পুম্বা নঙ্গোন্না নীগে তাও ॥১৪॥ ইবুংঙো ! মখোয় অনি অসিগী শরক [illegible] ঐগী ইবানবগী মুন্না তাও। হে উচেক নিংথৌ ! মপা মমানা [illegible] [illegible] মতাও অনি অনিনা মরন [illegible] [illegible] খোকশিনা মৌতোক, মসিদু তারগা [illegible] ভাব লোকনি, মসু নং তাও নংগী [illegible] ॥ [illegible] বিভাবসু [illegible] মহর্ষি [illegible] ॥১৫-১৬॥ বিভাবসু অসিগী সুপ্রতীক [illegible] [illegible] লৈরম্লই। [illegible] সুপ্রতীক অসি [illegible] [illegible] [illegible] অমত্তা [illegible] [illegible] [illegible] তোঙানা [illegible] [illegible]॥

বিভাগং কীর্ত্তয়ত্যেব সুপ্রতীকো হি নিত্যশঃ । অথাব্রবীচ্চ তং ভ্রাতা সুপ্রতীকং বিভাবসুঃ ॥১৮॥
বিভাগং বহবো মোহাৎ কর্ত্তুমিচ্ছন্তি নিত্যশঃ । ততো বিভক্তাস্ত্বন্যোন্যং বিরুধ্যন্তেঽর্থমোহিতাঃ ॥১৯॥
ততঃ স্বার্থপরান্ মূঢ়ান্ পৃথগ্ভূতান্ স্বকৈর্ধনৈঃ । বিদিত্বা ভেদয়ন্ত্যেতানমিত্রা মিত্ররূপিণঃ ॥২০॥
বিদিত্বা চাপরে ভিন্নানন্তরেষু পতন্ত্যথ । ভিন্নানামতুলো নাশঃ ক্ষিপ্রমেব প্রবর্ত্ততে ॥২১॥
তস্মাদ্বিভাগং ভ্রাতৄণাং ন প্রশংসন্তি সাধবঃ । গুরুশাস্ত্রেঽনিবদ্ধানামন্যোন্যেনাভিশঙ্কিনাম্ ॥২২॥
নিয়ন্তুং নহি শক্যস্ত্বং ভেদতো ধনমিচ্ছসি । যস্মাত্তস্মাৎ সুপ্রতীক ! হস্তিত্বং সমবাপ্স্যসি ॥২৩॥
শপ্তস্ত্বেবং সুপ্রতীকো বিভাবসুমথাব্রবীৎ । ত্বমপ্যন্তর্জলচরঃ কচ্ছপঃ সম্ভবিষ্যসি ॥২৪॥
এবমন্যোন্যশাপাত্তৌ সুপ্রতীকবিভাবসূ । গজকচ্ছপতাং প্রাপ্তাবর্থার্থং মূঢ়চেতসৌ ॥২৫॥
রোষদোষানুষঙ্গেণ তির্য্যগ্যোনিগতাবপি । পরস্পরদ্বেষরতৌ প্রমাণবলদর্পিতৌ ॥২৬॥
সরস্যস্মিন্ মহাকায়ৌ পূর্ব্ববৈরানুসারিণৌ । তয়োরন্যতরঃ শ্রীমান্ সমুপৈতি মহাগজঃ ॥২৭॥
তস্য বৃংহিতশব্দেন কূর্ম্মোঽপ্যন্তর্জলেশয়ঃ । উত্থিতোঽসৌ মহাকায়ঃ কৃৎস্নং বিক্ষোভয়ন্ সরঃ ॥২৮॥

---

মুমিৎচুপ্পা সুপ্রতীকনা লল থুম য়েনবগী' ৱাদমক ঙাংখি। অদুগী মতুংদা নোংমা বিভাবসুনা মনাও সুপ্রতীকতা হায়খি ॥১৮॥ মী' অয়াম্বনা 'ঐগী মাগী' ৱাখল্দা শুম্বাংখিদুনা তোঙানবা শরুক পামই, য়েন্নরবা মতুংদসু অমনা অমগী' মরন অদু কল্লক্তনা ৱা থোকনৈ ॥১৯॥ অদুগী মতুংদা লৈকোক লৈকায়গী য়েক্রবাশিংনা অমনা অমগী মরূপ শাশিন্নহনা মখোযবু থৌজিল্লি, করিনা হায়রবদু মাগী ওইজবদা তাল্লবা অমদি 'তোগদোবা মথৌগী ৱাখল লৈত্রবা মীনা মহোশানা মীনা থৌজিনবদা চৎলি। ২০॥ মতম অহুদা মী খরগী, মখোয় অনিনা অমগা অমগা য়েংখিনররুবদা তাঙ্গা ফংখি, অনিমক্কী মাংনবা তৌখি ॥২১॥ মরম অদুনা গুরুগী য়াথং অমদি শাস্ত্রগী ৱাগী মখাপোন্দবা মীশিংনা অমনা অমাগী য়েক্রবনি খন্দুনা মচিন মনাওমক্তা তোখাই তাববদা মখোয অদুবু সাধু সজ্জনশিংনা নিন্দা তৌই ॥ ২২ ॥ মরম অদুনা হে সুপ্রতীক। নংবু মসি তৌনসুসি হায়বসি ঐনা থিংবা ঙমদ্রে, তোংঙান তোংঙান য়েন্নবগী ৱাখল অসি নংগী মুমিৎ খুদিংগী হেঙ্গৎলক্লি, অদুনা হয়েংমুক্কি মপোক্তা নং শোয়দনা শামু ওইনা পোকপা তারে ॥২৩॥ সুপ্রতীক অসি শাপ ফংলবদুদা ময়াম্বা বিভাবসুদসু হঙ্গৎনা শাপ তৌরকই— নংসু ঈশিংদা লৈবা থেঙ্গু ওইনা শোয়দনা পোক্কনি ॥২৪॥ ললগীদমক্তা খৎনদুনা, তোগদোবা মথৌগী ৱাখল লৈতরবা মচিন মনাও অনি অসি অমনা অমাগী মকমদগী শাপ ফংলহনা অনিমক শামু থেঙ্গু ওন্দুনা চৎনখরে ॥২৫॥ মখোয়গী মশা মউগী পাক চাউবা অমদি পান্দমনিংঙায় লৈতবা শক্তিনা অমনা অমাবু ঊশিংনদদুনা মতম কুইনা শামু-থেঙ্গু অনি অসি মথাংহৌজেগী য়েংখিরকপাদুনা হৌজিক কাউবা য়েংখিনদুনা অমনা অমাগী অহোবা য়েংনদুনা পুকখ্রি অসিদা লৈরিবনি। মখোয়নিগী মরক্তা মশা মউ ফরবা শামু অহুনা থেঙ্গু, অদুবু মনাতোন্না চিংথোক চিংশিন তৌদুনা পুকখ্রি অসিবু ইথক হৌহন্দুনা লৈরিবনি ॥২৬—২৭॥ শামুগী খোল্লাউ তাবদা ঈশিংথা লৈবা জীব ওইরিনা পাক চাউরবা থেঙ্গু আসিনা পুকখ্রি অসিগী ঈশিং পুম্বা

তং দৃষ্ট্বাবেষ্টিতকরঃ পদ্মতোয়ে পয়োদ্ধতম্। দন্তহস্তাগ্রনাসাগ্রপাদবেগেন বীর্য্যবান্ ॥২৯॥
ত্রিযোজনমুচ্ছ্রিতো নাগঃ সরো বহুকমাকুলম্। কূর্ম্মোঽপ্যভ্যুদ্যতশিরা যুদ্ধায়াভ্যেতি বীর্য্যবান্ ॥৩০॥
ষড়ুচ্ছ্রিতো যোজনানি গজস্তদ্দ্বিগুণায়তঃ। কূর্ম্মস্ত্রিযোজনোৎসেধো দশযোজনমণ্ডলঃ ॥৩১॥
তাবুভৌ যুদ্ধসম্মত্তৌ পরস্পরবধৈষিণৌ। উপযুজ্যাশু কর্ম্মেদং সাধয়েপ্সিতমাত্মনঃ ॥৩২॥
মহাভ্রঘনসঙ্কাশং তং ভুক্ত্বামৃতমানয়। মহাগিরিসমপ্রখ্যং ঘোররূপঞ্চ হস্তিনম্ ॥৩৩॥

সৌতিরুবাচ।

ইত্যুক্ত্বা গরুড়ং সোঽথ মাঙ্গল্যমকরোত্তদা। যুধ্যতঃ সহ দেবৈস্তে যুদ্ধে ভবতু মঙ্গলম্ ॥৩৪॥
পূর্ণকুম্ভা দ্বিজা গাবো যচ্চান্যৎ কিঞ্চিদুত্তমম্। শুভং স্বস্ত্যয়নঞ্চাপি ভবিষ্যতি তবাণ্ডজ! ॥৩৫॥
যুধ্যমানস্য সংগ্রামে দেবৈঃ সার্দ্ধং মহাবল!। ঋচো যজূংষি সামানি পবিত্রাণি হবীংষি চ ॥৩৬॥
রহস্যানি চ সর্ব্বাণি সর্ব্বে বেদাশ্চ তে বলম্। বর্দ্ধয়িষ্যন্তি সমরে ভবিষ্যতি খগোত্তম! ॥৩৭॥
ইত্যুক্তো গরুড়ঃ পিত্রা গতস্তং হ্রদমন্তিকাৎ। অপশ্যন্নির্ম্মলজলং নানাপক্ষিসমাকুলম্ ॥৩৮॥
স তৎ স্মৃত্বা পিতুর্বাক্যং ভীমবেগোঽন্তরিক্ষগঃ। নখেন গজমেকেন কূর্ম্মমেকেন চাক্ষিপৎ ॥৩৯॥

---

থক থক নীকহনলিবা অসিনি ॥২৮॥ মপাঙ্গল কল্লবা শামু অসিনা থেঙ্গুবু হেক হেক উবদা শাংলবা মনাতোন কোনশিন্দুনাময়া লুকথদুনা মমৈ থেক্কৎতুনা মনাতোম্না ঈশিং চাই চাইদুনা অশাউবগা লোয়ননা ঈশিংদা কুমথরকইবা অসিনি ॥২৯॥ অদুগী মতুংদা মখল মখা অয়াম্বা ভানা থল্লবা পুকখ্রি অমিগী থোক থোক নীকথোকহন্দুনা থেঙ্গুগা লাল তৌগে হায়দুনা চোংশিল্লকই। মপাঙ্গল কল্লবা চাউরবা থেঙ্গু অসিসু মকোক থাঙ্গৎলক্কুনা শামুরোমদা হোংচিল্লকইবা অসিনি ॥৩০॥ শামু অসি যুথক তরুক ৱাংবনি, যুথক তরানিথোই শাংবনি, থেঙ্গু অসিনা যুথক অহুম ৱাংবনি যুথক তরানা কোয়বনি ॥৩১॥ অনি অসি ময়াই কানদুনা অমনা অমবু হাৎকে হায়দুনা হোৎনরিবনি। অদুনা গরুড়! নখোয় অনি অসি চারগা নপুক থন্না অমৃত লৌবা চৎলো ॥৩২॥ গরুড! পাক চাউরবা মুরবা নোং মতুমগী মতৌঙ্গুম্বা থেঙ্গু অসিবু অমদি ৱাং চাউরবা শামু অসিবু চারগা অমৃত থিরুরো ॥ ৩৩ ॥ সৌতিনা হায়খি— কশ্যপনা মচা গরুড়দা অসুম হায়দুনা আশীর্ব্বাদ তৌখি— গরুড়! লাইয়াম খিবিক্কা লাল থেংনরক্কা ফাউবদা নংনা জয় ওইসনু ॥৩৪॥ পূর্ণকুম্ভ, ব্রাহ্মণ, মচাচেনবী ষণবী, অসিনচিংবা মঙ্গলগী অরু যাগ্না লৈরি, পোৎ পুম্নমক অসিবু লাল চংবা মতমদা নংত্রোন্দা মঙ্গল ওইবগী থুদম উৎকনি অদুগা পুণ্য কংবগী মরম ওইগনি ॥৩৫॥ হে পাঙ্গললবা উচেক নিংথৌ! তোংঙান তোংঙানবা মওংগী ঋগ্বেদ, যজুর্বেদ, অমদি সামবেদ অসিনচিংবা ধর্ম্ম শাস্ত্রদা যীনচিংবা শেংলবা হবি, মন্ত্র পুম্নমক্কা অমদি বেদ পুম্নমক্কা তিন্নদুনা নহাকপু অমৃতগীদমক্তা লাইয়াম খিবিক্কা লাল শোক্লবা মতমদা নংগী নপাঙ্গল হাপকনি অদুগা লাইশিংবু লায়না জয় তৌগনি ॥ ৩৬—৩৭ ॥

মপা কশ্যপনা অসুম হায়রবদা গরুড়না মপাদগী বিদায় লৌদুনা পুকখ্রি অদু তান্না চৎখ্রে, পুকখ্রি অদুগী নিংথিজরবা ঈশিং অমদি পুকখ্রি অদুগী অকোয়বদা হৈপাল, উপাল, উচেক য়ায়া পুম্নমক উখি ॥৩৮॥ শামু কল্লা পায়শিনখিদুনা মপাগী ৱাহং নিংশিংদুনা মখোং নামগী খুজেনা

সমুৎপপাত চাকাশং তত উচ্চৈর্বিহঙ্গমঃ। সোঽলম্বং তীর্থমাসাদ্য দেববৃক্ষানুপাগমৎ ॥৪০॥
তে ভীতাঃ সমকম্পন্ত তস্য পক্ষানিলাহতাঃ। ন নো ভঞ্জ্যাদিতি তদা দিব্যাঃ কনকশাখিনঃ ॥৪১॥
প্রচলাঙ্গান স তান্ দৃষ্ট্বা মনোরথফলদ্রুমান্। অন্যানতুলরূপাঙ্গানুপচক্রাম খেচরঃ ॥৪২॥
কাঞ্চনৈ রাজতৈশ্চৈব ফলৈর্বৈদূর্য্যশাখিনঃ। সাগরাম্বুপরিক্ষিপ্তান্ ভ্রাজমানান্ মহাদ্রুমান্ ॥৪৩॥ (যুগ্মকম্)
তেষাং মধ্যে মহানাসীৎ পাদপঃ সুমনোহরঃ। সহস্রযোজনোৎসেধো বহুশাখাসমন্বিতঃ ॥৪৪॥
খগানামালয়ো দিব্যো নাম্না রৌহিণপাদপঃ। যস্য চ্ছায়াং সমাশ্রিত্য সত্ত্বো ভবতি নির্বৃতঃ ॥৪৫॥ (যুগ্মকম্)
তমুবাচ খগশ্রেষ্ঠং তত্র রৌহিণপাদপঃ। অতিপ্রবৃদ্ধঃ সুমহানাপতন্তং মনোজবম্ ॥৪৬॥

রৌহিণ উবাচ।

যৈষা মম মহাশাখা শতযোজনমায়তা। এতামাস্থায় শাখাং ত্বং খাদেমৌ গজকচ্ছপৌ ॥৪৭॥

সৌতিরুবাচ।

ততো দ্রুমং পতগসহস্রসেবিতং মহীধরপ্রতিমবপুঃ প্রকম্পয়ন্।
খগোত্তমো দ্রুতমভিপত্য বেগবান্ বভঞ্জ তামবিরলপত্রসঞ্চয়াম্ ॥৪৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
আস্তীকে সৌপর্ণে চতুর্বিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

—০* *০—

শামু অহবু অতুগা মখোং নামগী খুজিলনা থেঙ্গু অহবু চপ্তুনা পুখৎলকলে ॥ ৩৯ ॥ অহগী মতুংদা অতিয়াদা ৱাংনা পাযখৎলক্লে, মতুংদা অলম্ব কৌবা তীর্থদা থুংখিহনা, ফমহনা চাকরগে হায়রুনা দেববৃক্ষ ওইরবা পারিজাত পাম্বীগী মনাক তাম্না চৎখে ॥৪০॥ সনাগী মশক ওইরবা মশা মরেংনা লৈতেংলবা, স্বর্গগী নিংথিজববা পারিজাত পাম্বীশিংনা গরুড়গী মশানা পুরকপা নুংশিৎনা হুদা 'ঐখোয়বু থুদেকপিগদৌরিবরা' অস্নুম হায়না কিহনা থক থক নীকখি ॥৪১॥ হেক নিরিবা মতুংইন্না মহৈ পীনরিবা স্বর্গগী কল্পতরুশিং অহনা কিদুনা নীকপদু উবদা গরুড়না অতোপ্পা উপাম্বী অমগী মখোংদা চৎকে হায়না থৌরাং তৌরে, হায়রিবা স্বর্গগী উপাম্বীশিং অসিদি সনাগী মশক ওইরবা মহৈ যাল্লিবনি, লুপাগী মশক ওইনা মপাল শারিবনি, বৈদুর্য্যমণিগুম্না ফজরবা মশামরেং পাল্লিবনি, মকশিং অহব নুমিৎচুপ্পা সমুদ্রগী ঈশিংনা খিক্তুনা লৈবনা উশিং অহগী মউ, মশামরেংশিং অদু চাংদমনিংঙায় লৈতনা ফজরিবনি ॥৪২—৪৩॥ হায়রিবা উপাম্বীশিং অদুগী মরক্তা থৱাইদগী হেন্না ৱাং চাউরবা অমসুং ফজরবা উপাম্বী অমা যাউকহই, উ অদু য়ুথক লিশিং অমা ৱাংই, মশামরেংদি মশিং লাকপা ঙম্বা নত্তে, উপাম্বী অদুদা উচেক মখল মখল লৈরমই; মহাক্কী মকমদা চংদুনা অয়াম্বনা নুমিৎচুপ্পা থবক থানা শুবদা অৱাবা চোকথবা পুম্নমক থুদক্তা কোক্করিবা মফমনি ॥৪৪—৪৫॥ মফম অদু তাম্না গরুড়না পুক্রিংদগী হেন্না য়াংনা পায়শিনক্লে, ৱাং চাউরবা উপাম্বী অদুনা গরুড়দা হায়খি। ৪৬ ॥ হে উচেক নিংথৌ! ঐগী ইশা ইরেং পুম্নমক অসি য়ুথক চাম ফাওবা শন্দোক্তুনা লৈরিবনি, অদুনা ঐগী ইথক অসিদা ফমদুনা শামুগা থেঙ্গুগা অনি অদু চাবিয়ু ॥৪৭॥ অদুগী মতুংদা ৱাং চাউরবা চীংগী মতৌগুম মশা চাউরবা অমদি পাঙ্গল চাউরবা গরুড়না মশিং লাকওমদ্রবা উচেকা থল্লবা অদুগুম্বা বট পাম্বী অদুবু য়োক থোক হাইনা খাংহন্দুনা উশা মথক্তা ফমথবদা উপাম্বী অদুগী চাউর চাউরবা মশা মরেং তেকথহনা লৈমায়দা তাখি ॥৪৮॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারততা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতা আদিপর্ব্বদা
আস্তীকতী সৌপর্ণ কৌবা মতাংদা কুনমরিশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

—:*:—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব—আস্তীকে সৌপর্ণে

(কুনমঙা শুবা অধ্যায়)

—(*)—

সৌতিরুবাচ।

স্পৃষ্টমাত্রা তু পদ্ভ্যাং সা গরুড়েন বলীয়সা। অভজ্যত তরোঃ শাখা ভগ্নাঞ্চৈনামধারয়ৎ ॥১॥
তাং ভঙ্‌ক্ত্বা স মহাশাখাং স্ময়মানো বিলোকয়ন্। অথাত্র লম্বতোঽপশ্যদ্বালখিল্যানধোমুখান্ ॥ ২ ॥
ঋষয়ো হ্যত্র লম্বন্তে ন হন্যামিতি তানৃষীন্। তপোরতান্ লম্বমানান্ ব্রহ্মর্ষীনভিবীক্ষ্য সঃ ॥ ৩ ॥
হন্যাদেতান্ সংপতন্তী শাখেত্যথ বিচিন্ত্য সঃ। নখৈর্দৃঢ়তরং বীরঃ সংগৃহ্য গজকচ্ছপৌ ॥৪॥
স তদ্বিনাশসন্ত্রাসাদভিপত্য খগাধিপঃ। শাখামাস্যেন জগ্রাহ তেষামেবান্ববেক্ষয়া ॥৫॥ (যুগ্মকম্)
অতিদৈবন্তু তত্তস্য কর্ম্ম দৃষ্ট্বা মহর্ষয়ঃ। বিস্ময়োৎকম্পহৃদয়া নাম চক্রুর্মহাখগে ॥৬॥
গুরুং ভারং সমাসাদ্যোড্ডীন এব বিহঙ্গমঃ। গরুড়স্তু খগশ্রেষ্ঠস্তস্মাৎ পন্নগভোজনঃ ॥৭॥
ততঃ শনৈঃ পর্য্যপতৎ পক্ষৈঃ শৈলান্ প্রকম্পয়ন্। এবং সোঽভ্যপতদ্দেশান্ বহূন সগজকচ্ছপঃ ॥৮॥

---

সৌতিনা হায়খি— মপাঙ্গল কল্লবা গরুডনা মখোং অনিনা হেক নেৎপদা তেকই, হেক তেকলকপদা অতেকপা মশা অদু লৈপাক য়ৌদ্রিবঙেদা গরুড়না মখোংনা চপ্তুন থমই ॥১॥ অডকপগা লোয়ননা মাইকৈ মরি ওন্দুনা য়েংবদা বালখিল্য মুনিশিংনা মকোক মমৈ ওম্রতুনা মখোংনা উশাহৃদা লোশিনহনা য়ান্দুনা লৈবদু উরে ॥২॥ ব্রহ্মর্ষি ওইরবা বালখিল্য মুনিশিংনা উশাহৃদা যান্দুা তপস্যা তৌরিমাল্লে হায়ন খন্দুনা গরুড়না মখোংদা য়াল্লিবা উশা অদুদদি তেকহললোই হাযনা মপুক্লিংদা থনখি ॥৩॥ উশা অসি তেক্কনা লৈথাদা তারবদি মশামক্কী অকম্বনস্থ নন্দুনা মুনিশিং অসি সিব তারে অহুম হায়না খন্দুনা গরুড়না য়াম্না কম্না মখুজিম্না শামুগা থেঙ্গুগা চপ্তুনা থমলে। অদুগী মতুংদা মুনিশিং অসি শিব তারে হায়হনা খুনা য়াংনা পাইথখিহনা মচিম্না তারকইবা উশা অদু চীক্তুনা ওকখি ॥৪—৫॥ দেবতাশিংমক্কা তৌঙমত্রবা থবকপু গরুড়না তৌবা অহ উবদা মহর্ষি ওইরবা বালখিল্যশিংগী থমোইদা অঙ্কপা পোকখি। অদুমক্তনা অদুগী মুমিত্তগী উচেক নিংথৌ অদুবু "গরুড" হায়বা মমিং অসি থোনখিবনি ॥ ৬ ॥ অদুগা অর্থ অমনা লিলনা চিঙ্গাক ওইরবা উচেক নিংথৌনা লুমলবা উপাস্বী অদুবু পুত্রুনা পায়খি হায়বগীদমক "গরুড়" অমুম হায়না খুংনখি। * ॥৭॥ অদুগী মতুংদা উচেক নিংথৌ গরুড়না মশানা হুম্বদা

---

* টীকা—অরুম্বগী অর্থ লৈবা গুরু হায়বা শব্দগী অপভ্রংশ ওইবা গরু হায়বা শব্দ অসিগ, উৎ উপসর্গনা মাং থাবা "উড্ডীন" হায়বা শব্দগী উড্ড হায়বা অপভ্রংশ অসিগা তিন্নদুনা গরু+উড=গরুড় হায়বদি অরুম্বা পোৎশকা লোয়ননা পাইবা অমুম হায়না অর্থ থোকপা মমিং অসি থোনখিবনি।

দয়ার্থং বালখিল্যানাং ন চ স্থানমবিন্দত। স গত্বা পর্বতশ্রেষ্ঠং গন্ধমাদনমঞ্জসা ॥৯॥
দদর্শ কশ্যপং তত্র পিতরং তপসি স্থিতম্। দদর্শ তং পিতা চাপি দিব্যরূপং বিহঙ্গমম্ ॥১০॥
তেজোবীর্য্যবলোপেতং মনোমারুতরংহসম্। শৈলশৃঙ্গপ্রতীকাশং ব্রহ্মদণ্ডমিবোদ্যতম্ ॥১১॥
অচিন্ত্যমনভিধ্যেয়ং সর্বভূতভয়ঙ্করম্। মহাবীর্য্যধরং রৌদ্রং সাক্ষাদগ্নিমিবোদ্যতম্ ॥১২॥
অপ্রধৃষ্যমজেয়ঞ্চ দেবদানবরাক্ষসৈঃ। ভেত্তারং গিরিশৃঙ্গাণাং সমুদ্রজলশোষণম্ ॥১৩॥
লোকসংলোড়নং ঘোরং কৃতান্তসমদর্শনম্। তমাগতমভিপ্রেক্ষ্য ভগবান্ কশ্যপস্তদা।
বিদিত্বা চাস্য সঙ্কল্পমিদং বচনমব্রবীৎ ॥১৪॥

কশ্যপ উবাচ।

পুত্র! মা সাহসং কার্ষীর্মা সদ্যো লপ্স্যসে ব্যথাম্। মা ত্বাং দহেয়ুঃ সংক্রুদ্ধা বালখিল্যা মরীচিপাঃ ॥১৫॥

সৌতিরুবাচ।

ততঃ প্রসাদয়ামাস কশ্যপঃ পুত্রকারণাৎ। বালখিল্যান্ মহাভাগাংস্তপসা হতকল্মষান্ ॥১৬॥

---

শিংলকপা মুংশিংনা চীং পুম্নমকপু তনীক তনীক হন্দুনা তপ্পা তপ্পা তাফম থিনা থিনা হঙ্গৎ হন্দা কোয়পাই পাইরবলে। মতৌ অদুম্না শামু থেঙ্গু অনিবু পুতুনা দেশ দেশান্তর কয়া চংখি॥ ৮॥ বালখিল্য মুনিশিংবু মুংশিদুনা কন্নিংবনা তাফম চাবা মফম অমতা থিরকপবু ফংখিদরে, কোম্বংদা থুনা য়াংনা পাইখিদুনা চীং অথোইবা গন্ধমাদন তান্না পাইখিদুনা মফম অদুদা তপস্যা তৌদুনা লৈরিবা মপা কশ্যপবু উরুরে। মপা কশ্যপস্তু তাইবংপানবদা শুইংতুরবা মূর্ত্তি পুদুনা লাকপা মচা উচেক নিংথৌবু উখি॥ ৯—১০॥ গরুড়গী তেজ, বীর্য্য, মপাঙ্গল, য়াংবদা মুংশিংকুম্বা, খোংচৎপু অমদি মশা য়াং চাউবদা চীংদোনগুম্বা অদুগা থাঙ্গৎলকপা ব্রহ্মদণ্ডগী মতৌগুম্বা গরুড়বু উখি। মাগী মওং মতৌ উবদা খরাইপানবা পুমনমকপু অকিবা পোক্নফম ওইরবা মাগী মশকপু ধ্যান তৌদুনা লাকশিনগে হোৎনবদি ওইথোক্তবগুম থোকখি। মতিক মগুণ চাউরবা গরুড়বু, জগৎ পুমনমক চাক্নে হায়না পাইশিল্লকপা মৈবুলগুম অকিবগী মশক ফংনা মপানা উখি, দেবতা, দৈত্যদানব, রাক্ষসিংচাবা খিবিকনসু জয় তৌবা ঙম্বা মশক ওইখিদে। গরুড়না চীংগী চীংদোনবু কিস্নহনবা ঙম্বা, সমুদ্রগী ঈশিংবু কংশিনহনবা ঙম্বা অমদি যমরাজনা মহাক্কী মশক উবদা লোক পুমনমক্তা লৈবা জীব পুমনমক্কী থমোইদা অকিবা পোকখি। অসিগুম্বা গরুড়বু থংহৌদনা পাইরক্লুনা থুংলবা উবদা অমসুং লাকপগী মরম পুমনমক থংলবা ভগবান কশ্যপনা ব্বা অসি হায়খি॥ ১১—১৪॥ গরুড়! হাক্লা নথৌনা ফগঙ্গ, নথৌনা কা হেন্না ফদুনা থুদক্তা নপুনশি তেনহনগনু। মুমিংকী মঙালত থক্লুনা হিংলবা বালখিল্যশিংনা শাওদুনা নশাদ্ মথোয়গী অশাওবা মৈনা চাকথেকখিনবা তৌ॥ ১৫॥ সৌতিনা হায়খি— কশ্যপনা মচা গরুড়বু কন্নবগীদমক পাপ য়াওদ্রবা, তপস্যা কল্লবা অমদি মতিক মগুণ চাউরবা বালখিল্য মুনিশিংবু নিংথিবা য়াহৈনা পেলহনখি॥ ১৬॥

কশ্যপ উবাচ।

প্রজাহিতার্থমারম্ভো গরুড়স্য তপোধনাঃ। চিকীর্ষতি মহৎ কর্ম্ম তদনুজ্ঞাতুমর্হথ ॥১৭॥

সৌতিরুবাচ।

এবমুক্তা ভগবতা মুনয়স্তে সমভ্যয়ুঃ। মুক্ত্বা শাখাং গিরিং পুণ্যং হিমবন্তং তপোঽর্থিনঃ ॥১৮॥

ততস্তেষ্বপযাতেষু পিতরং বিনতাত্মজঃ। শাখাব্যাক্ষিপ্তবদনঃ পর্য্যপৃচ্ছত কশ্যপম্ ॥১৯॥

ভগবন্! ক্ব বিমুঞ্চামি তরোঃ শাখামিমামহম্। বর্জ্জিতং মানুষৈর্দেশমাখ্যাতু ভগবান্ মম ॥২০॥

ততো নিষ্পুরুষং শৈলং হিমসংরুদ্ধকন্দরম্। অগম্যং মনসাপ্যন্যৈস্তস্যাচখ্যৌ স কশ্যপঃ ॥২১॥

তং পর্ব্বতং মহাকুক্ষিমুদ্দিশ্য স মহাখগঃ। জবেনাভ্যপতত্তার্ক্ষ্যঃ সশাখাগজকচ্ছপঃ ॥২২॥

ন তাং বধ্রী পরিণহেচ্ছতচর্ম্মা মহাতনুঃ। শাখিনো মহতীং শাখাং যাং প্রগৃহ্য যযৌ খগঃ ॥২৩॥

স ততঃ শতসাহস্রং যোজনান্তরমাগতঃ। কালেন নাতিমহতা গরুড়ঃ পততাং বরঃ ॥২৪॥

স তং গত্বা ক্ষণেনৈব পর্ব্বতং বচনাৎ পিতুঃ। অমুঞ্চন্মহতীং শাখাং সস্বনং তত্র খেচরঃ ॥২৫॥

পক্ষানিলহতশ্চাস্য প্রাকম্পত স শৈলরাট্। মুমোচ পুষ্পবর্ষঞ্চ সমাগলিতপাদপঃ ॥২৬॥

শৃঙ্গাণি চ ব্যশীর্য্যন্ত গিরেস্তস্য সমন্ততঃ। মণিকাঞ্চনচিত্রাণি শোভয়ন্তি মহাগিরিম্ ॥২৭॥

---

• কশ্যপনা হায়খি— হে তপস্বী পুমনমক! লোক পুমনমক্কী মঙ্গলগীদমক্তা গরুড়না থবক অসি তৌজরিবনি অদুগা অতোপ্পা অকবা থবকম তৌগে হায়না খল্লি, মাদু পুমনমক অদু নখোয়না ঙমন-নবা য়াথং পিনবিয়ু ॥১৭॥ সৌতিনা হায়খি— কশ্যপনা অসুম হায়জরবা কান্দা বালখিল্য মুনিশিংনা মফম অদু থাদোক্তুনা তপস্যা তৌগে হায়বগী দমক হিমালয় তাম্না চৎখি ॥ ১৮ ॥ বালখিল্য মুনিশিংনা চৎখ্রবদা গরুড়না মপা কশ্যপদা হংখি, অদুগা উশা অদু মযাদা চিক্ক চিক্লা ঙাংবদুদা গরুড়গী উচ্চারণ অদু শেংনা থোকখিদে ॥ ১৯ ॥ ভগবন! বট পাম্বী অসিগী মশাবু কদায়দা থম্মু হায়বগে? মী তাত্রবা লম অমতা তাকপিয়ু ॥২০॥ অদুগী মতুংদা কশ্যপনা গরুড়দা হায়খি— মী তাদবা চীং অমা লৈবনি, চীং অদুগী চীংখোংদা লৈবা লোক অমা উস্তনা কুপ্পনা লৈবনি। চীং অদু কয়া-কুইরবনো অমদি করিনো হায়বা চীং অদুগী হৌরফম য়াম্রি কনানসু খংদনা লৈরিবনি, মাদু তাম্না চৎলু ॥২১॥ উচেক নিংথৌ গরুড়না উশাগা অমদি হংগু শামুগা লোয়ননা পাক চাওরবা চীংগী লোক অদু তাম্না মুংশিংকী মাংথানা পাইখি ॥ ২২ ॥ গরুড়না মচিল্লা চিক্কনা পুথিবা চাউরবা উশা অদু শড়েল মপাক চামগী থৌরিনসু যেংপা থুংবা নত্তে ॥২৩॥ অসুম তৌদুনা উচেক নিংথৌ গরুড়না মতম খরগী মনুংদা য়ুথক লক্ষা অমা লাপ্না পাইরকলে ॥২৪॥ মপাগী য়াথং মতুং ইন্না চীংগী লোক অদুদা চৎখিদুনা অকিবা ফংলবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা উশা অদু থাদরকলে ॥ ২৫ ॥ গরুড়গী মশানা হুমলকপা মুংশিংনা যুরকপদা চীং অদু থক থক নীকলে অদুদা লৈরিবা উপাল্লী পুমনমক মাগী মাগী মকুম থাদোকতুনা মহৈ মপাল পুমনমক লৈযাউথক্তা খিকথরকলে ॥২৬॥ মনি মুক্তা থম্না লৈরবা চীংদোনশিং অদুনা চীং অপুম্বা অদুগী ফজহল্লমই,

শাখিনো বহবশ্চাপি শাখয়াভিহতাস্তয়া । কাঞ্চনৈঃ কুসুমৈর্ভান্তি বিদ্যুদ্বন্ত ইবাম্বুদাঃ ॥ ২৮ ॥

তে হেমবিকচা ভূমৌ যুতাঃ পর্ব্বতধাতুভিঃ । ব্যরাজন্ শাখিনস্তত্র সূর্য্যাংশুপ্রতিরঞ্জিতাঃ ॥২৯॥

ততস্তস্য গিরেঃ শৃঙ্গমাস্থায় স খগোত্তমঃ । ভক্ষয়ামাস গরুড়স্তাবুভৌ গজকচ্ছপৌ ॥৩০॥

তাবুভৌ ভক্ষয়িত্বা তু স তার্ক্ষ্যঃ কূর্ম্মকুঞ্জরৌ । ততঃ পর্ব্বতকূটাগ্রাদুৎপপাত মহাজবঃ ॥৩১॥

প্রাবর্ত্তন্তাথ দেবানামুৎপাতা ভয়শংসিনঃ । ইন্দ্রস্য বজ্রং দয়িতং প্রজজ্বাল ভয়াত্ততঃ ॥৩২॥

সধূমা ন্যপতৎ সার্চ্চির্দিবোল্কা নভসশ্চ্যুতা । তথা বসূনাং রুদ্রাণামাদিত্যানাঞ্চ সর্ব্বশঃ ॥৩৩॥

সাধ্যানাং মরুতাঞ্চৈব যে চান্যে দেবতাগণাঃ । স্বং স্বং প্রহরণং তেষাং পরস্পরমুপাদ্রবৎ॥৩৪॥

অভূতপূর্ব্বং সংগ্রামে তদা দেবাসুরেঽপি চ । ববুর্বাতাঃ সনির্ঘাতাঃ পেতুরুল্কাঃ সহস্রশঃ ॥৩৫॥

নিরভ্রমেব চাকাশং প্রজগর্জ মহাস্বনম্ । দেবানামপি যো দেবঃ সোঽপ্যবর্ষত শোণিতম্ ॥৩৬॥

মম্লুর্মাল্যানি দেবানাং নেশুস্তেজাংসি চৈব হি । উৎপাতমেঘা রৌদ্রাশ্চ ববৃষুঃ শোণিতং বহু ।

রজাংসি মুকুটান্যেষামুত্থিতানি ব্যধর্ষয়ন্ ॥৩৭॥

---

অদুগুম গরুড়গী মশাগী সুংশিংনা যৈবদা মনিমুক্তাগা লোয়নরবা চীংদোনশিং অদুনা নীংথায়দুনা মাযকৈ মবিমক্তা চোইনা পাইথোকখি ॥ ২৭ ॥ উ অযাম্বনা উশা অদুগী মথকতা তারকতুনা উপথখি, অদুগা নোংথাং কুপ্পদা নোংগী ফজবা ওইবা অদুগুম বট পাস্বী অদুগী সনাগী মশক ওইরবা মপাল পুমনমক অদুনা উপাম্বীশিং অদগী লৈতেং ওইরমই ॥২৮॥ মফম অদুগী উশিংনা বট পাস্বী অদুগী সনাগী মশক ওইরবা মনা মপাল খিবিক্কা তিন্নদুনা তপ্তপ তরেংনা নিংথিখি। চীং অদুদগী পাইথোরকপা ধাতুশিং অদুনা মহি চেন্দুনা উশিং অতুদা তৈবা অদুদা সুমিংকী মঙালনগা য়ৈবগনা থেংইনা হেন্না নিংথিখি ॥২৯॥ অদুগী মতুংদা উচেক নিংথৌ গরুড়না চীংগী চীংদোন অদুদা ফমথদুনা শামুগা থেঙ্গুগা অনি অদু লোয়না চাথোকখ্রে ॥ ৩০ ॥ গরুড়না শামুগা থেঙ্গুগা অনি অদু চারগা থুনা য়াংনা চীংদোন অদুদগী পাইথোকখ্রে ॥ ৩১ ॥

অদুগী মতুংদা দেবতাশিংগী অৱাবা খুদোংথিবা থোকদবা খুদম পুমনমক লাকপা হৌরে। ইন্দ্রগী চাম্নথোইরবা বজ্র, মৈরীগী মশক ওইরবা ঈখেং হাথবা হৌরে॥ ৩২ ॥ মুংখিল পোবোপ্তা মৈখুগা মৈরীগা লোয়ননা শংগায়শেল পাইরকপা হৌরে। বসু ময়াম, রুদ্রময়াম, আদিত্যশিং সিদ্ধ শাধ্যমপৈ মরুৎকী কাংবু, হেক লৈরিবা দেবতা পুমনমক্কী মথুত্তগী থংহৌদনা মাগী মাগী থুলাই তাখি। ৩৩—৩৪॥ মমাংডৈদা দেবাসুরগী লাল ফাউরদা থোকখিদ্রিবা খুদম ফাউবা মতম অদুদা থোকখি। মারকৈ তোংঙাল তোংঙালবদগী হুক্কপা মুংশিৎ মপৈ মপৈনা অমগা অমগা থেঙ্গাইনবা অমদি শংগায়শেল লিশিং লিশিংনা পাঙ্গশিন্নরকপা অসিনচিংবা থোকখি ॥৩৫॥ নোং ইয়াও য়াওদনা ইহাং হাংবা অত্তিয়ানা শুক্না মমলবা নোংগী খোলজেল গুংখি, অতুদসু নত্তনা দেবতা পুমনমক্কী মেবতা ওইরবা পরমেশ্বরনা মশক উহন্দনা ঈগী নোং চুহনখি ॥৩৬॥ দেবতাশিংগী শুকশমবা শিরিবা লৈপরেং পুমনমক লৈমন চন্দুনা তংতুনা ফেনখি, মথোগ্নগী তেজ পুমনমক মাংখ্রে, অকিবগী মশক ফংলদা নোং মপৈ মপৈনা ঈগী ধারা অত্তং অখম লৈতনা থাদরকই, অদুগা উফুল মপৈ মপৈ হৌরক্কুনা দেবতাশিংগী লুকুপশিং

ততস্ত্রাসসমুদ্বিগ্নঃ সহ দেবৈঃ শতক্রতুঃ। উৎপাতান্ দারুণান্ পশ্যন্নিত্যুবাচ বৃহস্পতিম্ ॥৩৮॥

ইন্দ্র উবাচ।

কিমর্থং ভগবন্! ঘোরা উৎপাতাঃ সহসোত্থিতাঃ। ন চ শত্রুং প্রপশ্যামি যুধি যো নঃ প্রধর্ষয়েৎ ॥৩৯॥

বৃহস্পতিরুবাচ।

তবাপরাধাদ্দেবেন্দ্র! প্রমাদাচ্চ শতক্রতো! তপসা বালখিল্যানাং মহর্ষীণাং মহাত্মনাম্ ॥৪০॥

কশ্যপস্য মুনেঃ পুত্রো বিনতায়াশ্চ খেচরঃ। হর্ত্তুং সোমমভিপ্রাপ্তো বলবান্ কামরূপধৃক্ ॥ ৪১ ॥

সমর্থো বলিনাং শ্রেষ্ঠো হর্ত্তুং সোমং বিহঙ্গমঃ। সর্বং সম্ভাবয়াম্যস্মিন্ অসাধ্যমপি সাধয়েৎ ॥৪২॥

শ্রুত্বৈতদ্বচনং শক্রঃ প্রোবাচামৃতরক্ষিণঃ। মহাবীর্য্যবলঃ পক্ষী হর্ত্তুং সোমমিহোদ্যতঃ ॥৪৩ ॥

যুষ্মান্ সম্বোধয়াম্যেষ যথা ন স হরেদ্বলাৎ। অতুলং হি বলং তস্য বৃহস্পতিরুবাচ মে ॥৪৪॥

তচ্ছ্রুত্বা বিবুধা বাক্যং বিস্মিতা যত্নমাস্থিতাঃ। পরিবার্য্যামৃতং তস্থুর্বজ্রী চেন্দ্রঃ প্রতাপবান্ ॥৪৫॥

ধারয়ন্তো বিচিত্রাণি কাঞ্চনানি মনস্বিনঃ। কবচানি মহার্হাণি বৈদূর্য্যবিকৃতানি চ ॥৪৬॥

বর্ম্মাণ্যপি চ গাত্রেষু ভানুমন্তি দৃঢ়ানি চ। বিবিধানি চ শস্ত্রাণি ঘোররূপাণ্যনেকশঃ ॥৪৭॥

---

অদু উঙ্কুলতনা ইমক মকখি ॥৩৭॥ অদুগী মতুংদা অকিবগী মশক ওইরবা খুদমশিং অদু উবদা কিরনা থক থক নীকখি, দেবতা পুমনমক্কা লোয়ননা চংখিদুনা বৃহস্পতিগী মফমদা হায়রুই ॥ ৩৮ ॥ ইন্দ্রনা হায়খি— গুরুদেব! অসুক যামনা খুদোংথিবগী খুদম ময়াম উৎলিবাসিবু করিননো? ঐখোয়বু জয় তৌরদৌরিবা য়েক্রবা অদুগী মশক্তি হৌজিক ফাউবা উদ্রি ॥৩৯॥ বৃহস্পতিনা হায়খি— দেবরাজ! নংনা তৌখিবা অপরাধনা অমদি চেকশিন্দবনা মহাত্মা ওইরবা মহর্ষি বালখিল্যশিংগী তপস্যাগী মহৈনা বিনতাগী গর্ভদা পোক্লবা কশ্যপগী মচা, ওইনিংবা মওংদা ওইরবা উচেক নিংথৌ গরুড়না অমৃত মুন্দুনা লৌগে লাক্লিয়ে ॥৪০— ৪১॥ মপাঙ্গল কনবাশিংগী মথুংদা গরুডতনা দেবতাশিংগী মথক্তগী অমৃত মুনবা ঙমগদৌরিবনি। করিনা হায়ববু হন্দক লাক্লিবা উচেক অসিগী মফমদা ঐনা অসুম খনবদা তৌঙমদবা ওইথোক্তবা থবক হায়বসি অমতা লৈতে। করি অমুক হায়কনি কনাগুম্বনা তৌবা ঙমদ্রবা জগত্তা ওইথোক্লবা থবক পুম্বা তৌবা ঙম্বা মহাক্লি ॥৪২॥ সৌতিনা হায়খি—ইন্দ্রনা বৃহস্পতিগী ৱা তাবদা অমৃতবু ঙাকশেন্দুনা লৈরিবা দেবতাশিংদা অসুম হায়না থংহনখি— থোইদোক্লা কন থোইরবা গরুড়না ঐখোয়গী অমৃত হুবা লাক্লি, অদুনা চেকশিল্লু ॥৪৩॥ অদুনা ময়াম পুমনমক্তা ঐনা হায়রিবদি গরুড়না অমৃত অসি হুত্তুনা পুথিবা ঙমদনবা অসিগী ব্যবস্থা অসি ময়ামনা তৌবিবা তায়। বৃহস্পতিনা হায়রবদি গরুড় অসি চাংদমনিংঙায় লৈতনা কল্লি হায় ॥৪৪॥ ৱা অসি তাব্লা দেবতা ময়ামনা অঙকপা অকিবগা লোয়ননা অমৃতবু ঙাকে হায়বগীদমক্তা যামনা চেকশিল্লা অমৃত চয়ুবু কোইশিন্দুনা লৈখি, মতিক মগুণ চাউরবা ইন্দ্রনসু মথক্তা বজ্র পায়দুনা লেপ্লুনা লৈখি ॥৪৫॥ শীংলবা, পাপচেদ্রবা অখোই অখোইবা দেবতাশিংনা মর্ত্তলোকতা ফংদ্রবা কিজোল পুমনমক্কা লৈতেংদুনা বৈদূর্য্যমণিনা থাম্নবা মমল য়াম্নবা, সনাগী মতৌঙম অঙকপা ফংনা ঙাল্লবা কবচ অমদি কররবা শাউলগী কবচ লিংদুনা অকিবগী

শিতভীক্ষাগ্রধারাণি সমুদ্যম্য সুরোত্তমাঃ। সবিস্ফুলিঙ্গজ্বালানি সধুমানি চ সর্ব্বশঃ ॥৪৮॥

চক্রাণি পরিঘাংশ্চৈব ত্রিশূলানি পরশ্বধান্। শক্তীশ্চ বিবিধাস্তীক্ষ্ণাঃ করবালাংশ্চ নির্ম্মলান্।

স্বদেহরূপাণ্যাদায় গদাশ্চোগ্রপ্রদর্শনাঃ ॥ ৪৯ ॥

তৈঃ শস্ত্রৈর্ভানুমদ্ভিস্তে দিব্যাভরণভূষিতাঃ। ভানুমন্তঃ সুরগণাস্তস্থুর্বিগতকল্মষাঃ ॥৫০॥

অনুপমবলবীর্য্যতেজসো ধৃতমনসঃ পরিরক্ষণেঽমৃতস্য। অসুরপুরবিদারণাঃ সুরা জ্বলনসমিদ্ধবপুঃপ্রকাশিনঃ ॥৫১॥

ইতি সমরবরং সুরাঃ স্থিতাস্তে পরিঘসহস্রশতৈঃ সমাকুলম্।

বিগলিতমিব চাম্বরান্তরং তপনমরীচিবিকাশিতং বভাসে ॥৫২॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

আস্তীকে সৌপর্ণে পঞ্চবিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

—:•:—

---

মশক ওইরবা থুলায় মখল মখল পায়দুনা অমৃতগী অকোইবদা লেপখি, অদুগা কনা কনাগুম্বা দেবতানা চক্র পায়দুনা লেপখি, চক্র অদুদগী মৈরীক, মৈরী, মৈখু তৎতনা পায়থোরকই। কনাগুম্বনা ত্রিশূল, কনানা তা, কনানা শীংজং, কনা কনাগুম্বনা লংলবা মক্তুবা থাং, অদুগা কনা কনাগুম্বনা গদা, মানা মানা পায়বা উম্বা মতিক চারবা থুংলাই ময়াম পায়দুনা ভাকখি। থুলাইশিং অসিগী মশেক মঙালতনা মথোয়গী মশাস্থ পুমঙাল ঙানখি ॥৪৬—৫০॥ দেবতাশিং অসিগী মপাঙ্গল মথৌনাদি চাংদমনিংঙায়ে লৈতবনি, পুম্নমক অসি মপুক্কিং লাংতক্কনা অমৃতবু শংদুনা লৈখি। অদুগা দৈত্য দানব পুম্নমকপু মাইথিবা পিবা অমদি য়েক্লবা ওইরিবা দেবতাসিং অসিনা অমমম্বা মৈগী মতৌগুম নিংথিবা অঙকপা শকফম পুখি ॥৫১॥ মতৌ অসুম্না লাইয়াম লিশিং লিশিংনা থুলাই লিশিং লিশিং পায়দুনা লানথমদা লেপ্তুনা য়েক্লববু ঙাইহনা লৈখি নুমিৎকী মঙালতনা ঙাল্লবা, অমম্বা য়াওব্রবা অতিয়াগী মতৌগুম লানফম অদু অঙকপা ফংনা নিংথিজখি ॥৫২॥

মতাং সসিদা শ্রীমহাভারততা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদি পর্ব্বদা আস্তীকক্কী সৌপর্ণ কৌবা মতাংদা অধ্যায় কুনমঙাশুবা লোইরে।

—:•:—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব—আস্তীক সৌপর্ণে

(কুনতরুক শুবা অধ্যায়)

——:(*):——

সৌনক উবাচ।

কোঽপরাধো মহেন্দ্রস্য কঃ প্রমাদশ্চ সূতজ!। তপসা বালখিল্যানাং সম্ভূতো গরুড়ঃ কথম্ ॥১॥
কশ্যপস্য দ্বিজাতেশ্চ কথং বৈ পক্ষিরাট্ সুতঃ। অধৃষ্যঃ সর্ব্বভূতানামবধ্যশ্চাভবৎ কথম্ ॥২॥
কথঞ্চ কামচারী স কামবীর্য্যশ্চ খেচরঃ। এতদিচ্ছাম্যহং শ্রোতুং পুরাণে যদি পঠ্যতে ॥৩॥

সৌতিরুবাচ।

বিষয়োঽয়ং পুরাণস্য যন্মাং ত্বং পরিপৃচ্ছসি। শৃণু মে বদতঃ সর্ব্বমেতৎ সংক্ষেপতো দ্বিজ ॥৪॥
যজতঃ পুত্রকামস্য কশ্যপস্য প্রজাপতেঃ। সাহায্যমৃষয়ো দেবা গন্ধর্ব্বাশ্চ দদুঃ কিল ॥৫॥
তত্রেধ্মানয়নে শক্রো নিযুক্তঃ কশ্যপেন হ। মুনয়ো বালখিল্যাশ্চ যে চান্যে দেবতাগণাঃ ॥৬॥
শক্রস্তু বীর্য্যসদৃশমিধ্মভারং গিরিপ্রভম্। সমুদ্যম্যানয়ামাস নাতিকৃচ্ছ্রাদিব প্রভুঃ ॥৭॥
অথাপশ্যদৃষীন্ হ্রস্বানঙ্গুষ্ঠোদরবর্ষ্মণঃ পলাশবৃন্তিকামেকাং বহতঃ সংহতান্ পথি ॥৮॥

---

শৌনক হায়খি— সৌতি! ইন্দ্রগী করি মরান লৈখিবগে? নত্রগা করি করম্বা চেকশিন্দবা শুম্বাংখিবদগী অমৃত অদু করিগী মুনখিগদৌরিবনো? বালখিল্য মুণিশিংগী তপস্যাতনা গরুড়না করম্না পোকখিবা? ॥১॥ কশ্যপ হায়র ব্রাহ্মননি, মাগী মচানা করমনা উচেক ওইনা পোকখিবা? অদুগা করমনা উচেক নিংথৌ অদুম্ অদুক য়ামনা কনবনো? কনাগুম্বা অমনা হাৎপা ঙমদবা ওইখিবা? ॥২॥ অদুগা করমনা গরুড়না অম্বুক বনগে হায়বা ফাউবা কমবা ঙমখিবা অদুগা য়ৌনিংবা মফমদা মিৎকুপ্তা য়ৌখিবা? অসি পুমনমক পুরাণদা ইদুনা লৈরবদি লীবিয়ু তাজগে ॥৩॥ সৌতিনা হায়খি— হে মহর্ষি শৌনক! হংবিরিবা পুমনমক অদো পুরান্দা লোয়না য়াউরি, পুমনমক অসি সম্পাদন, লীজগে তাবিয়ু ॥৪॥ প্রজাপতিগী মচা কশ্যপ প্রজাপতি কৌবা অসি মচা ফংনিংবনা পুত্রযাগ কৌবা যজ্ঞ অদু তৌখি, যজ্ঞ অদু পাংথোকপদা ঋষিশিং অমদি দেবতা ময়াম, গন্ধর্ব্বশিংনা য়ামনা মতেং পাংখি ॥৫॥ (মহর্ষি কশ্যপনা ইন্দ্রদা যজ্ঞগী শীং থিরু হায়না থাখি অদুগা বালখিল্য মুনিশিংবুম্ অতোপ অতোপ্পা দেবতাশিংদসু যজ্ঞ শীং থিরকনবা য়াথং পিথি)॥৬॥ শক্তি লৈরবা ইন্দ্রনা মাগী শক্তিগা চপজানা চীংমুক চাউরবা শীংবুন অমা ইম্বা হাদনা মকোয়ক্তা থোংগৎনা পুরকই ॥৭॥ অদুগী তুংদা খুবীমুক্তা হাংবা মখিক নেম্নবা মুণি খরনা পাংগ্রাং মণা মচা অমা পুলগা পুক্লা লমীদা

প্রলীনান্ শেষবিত্ত্বৈষু নিরাহারাংস্তপোধনান্। ক্লিশ্যমানান্ মন্দবলান্ গোষ্পদে সংপ্লুতোদকে ॥ ৯ ॥

তান্ সর্ব্বান্ বিস্ময়াবিষ্টো বীর্য্যোন্মত্তঃ পুরন্দরঃ। অবহস্যাভ্যগাচ্ছীঘ্রং লঙ্ঘয়িত্বাবমত্য চ ॥১০॥

তেঽথ রোষসমাবিষ্টা ভৃশং জাতমন্যবঃ। আরেভিরে মহৎ কর্ম্ম তদা শক্রভয়ঙ্করম্ ॥১১॥

জুহুবুস্তে সুতপসো বিধিবজ্জাতবেদসম্। মন্ত্রৈরুচ্চাবচৈর্বিপ্রা যেন কামেন তচ্ছৃণু ॥১২॥

কামবীর্য্যঃ কামগমো দেবরাজভয়প্রদঃ। ইন্দ্রোঽন্যঃ সর্বদেবানাং ভবেদিতি যতব্রতাঃ ॥১৩॥

ইন্দ্রাচ্ছতগুণঃ শৌর্য্যে বীর্য্যে চৈব মনোজবঃ। তপসাং নঃ ফলেনাদ্য দারুণঃ সম্ভবত্বিতি ॥১৪॥

তদ্বুদ্ধা ভৃশসন্তপ্তো দেবরাজঃ শতক্রতুঃ। জগাম শরণং তত্র কশ্যপং সংশিতব্রতম ॥১৫॥

তচ্ছ্রুত্বা দেবরাজস্য কশ্যপোঽথ প্রজাপতিঃ। বালখিল্যানুপাগম্য কর্ম্মসিদ্ধিমপৃচ্ছত ॥১৬॥

এবমস্ত্বিতি তঞ্চাপি প্রত্যূচুঃ সত্যবাদিনঃ। তান কশ্যপ উবাচেদং সান্ত্বপূর্বং প্রজাপতিঃ ॥ ১৭ ॥

অয়মিন্দ্রস্ত্রিভুবনে নিয়োগাদ্ব্রহ্মণঃ কৃতঃ। ইন্দ্রার্থে চ ভবন্তোঽপি যত্নবন্তস্তপোধনাঃ ॥১৮॥

ন মিথ্যা ব্রহ্মণো বাক্যং কর্ত্তুমর্হথ সত্তমাঃ!। ভবতাং হি ন মিথ্যায়ং সঙ্কল্পো বৈ চিকীর্ষিতঃ ॥ ১৯ ॥

---

লাকপা উরে। মখোয়শিং অদো মশা পীকপনা অমদি চাদ থক্তবনা চৎপা য়াত্রবা অমদি কংথিবনা ষণগী খোঙ্গুন্দা পুখতুনা অম্বাবা তাববা তপস্বীশিং অদুবু ইন্দ্রনা উখি॥ ৮—৯ ॥ মখোয়বু উবদা মপাঙ্গন্দা মযায কাববা নাপল তৌবা ইন্দ্রগী অভকপা পোকখি, মখোয়বু নোকনরম্লগা উশিত্তুহনা মখোযবু কান্দুনা থুনা য়াংনা চৎখ্রে ॥ ১০ ॥ মাগী ব্যবহার অম্বদা খোইনা শাওখি অমদি মপুক্লিং দুংশিবা পোকখি, অদুমক্তনা মখোযনা ইন্দ্রগী মফমদা অকিবগী মশক ফংলবা চাউম্লবা যজ্ঞ অমা লিখৎখি ॥১১॥ তপস্যা কম্লবা, ব্রাহ্মণ বালখিল্যশিংনা মখোয়না নিংলিবদু থুংনবা বিধি কায়দনা বেদগী মন্ত্র উচ্চারণ তৌদুনা অগ্নিদা হোম তৌখিবা অসি পুমনমক লৌরক্তে তাবিয়ু ॥ ১২ ॥ মানা অসুক্কী মতিক কনগে হায়বমখে কনবা ওম্লবা, চৎনিংবা মফমদা যৌবা ওম্লবা, হৌজিক লৈরিবা ইন্দ্র অসিমক্কী অকিবগী মশক ওইরবা অনিশুবা ইন্দ্র অমা পোক্রসনু অসুম হায়না সংকল্প তৌখি ॥১৩॥ বালখিল্যশিংনা অসুম হায়নসু সংকল্প তৌখি— ঐখোয়না তৌরকপা তপস্যাগী মহৈনা ওসিমক মতিক মগুণ কনথৌবদা ইন্দ্রদগী হেলবা মাঙোন্দগী শরুক চামা হেন্না কনবা, পুক্লিংগী মতৌশুম য়াংলবা, লাই হিংচাবাশিংগী মফমদা অকিবা ফংলবা, ইন্দ্র অমা পোকসনু। মসিনি মখোয়গী অমত্ত ওইবা সংকল্পদি। ১৪॥ দেবরাজ ইন্দ্রনা মসি খংলহুনা মপুক্লিংদা খোইদোক্লা অকিবা মুংঙায়তবা পোকখিহুনা ব্রত কম্লবা কশ্যপগী মফমদা চংজখি ॥১৫॥ অদুগী মতুংদা কশ্যপ প্রজাপতিনা ইন্দ্রগী মচিন্দগী ম্বা অসি তাবদা বালখিল্য মুনিশিংগী মফমদা চত্তুনা নখোয়গী থবক মহৈ য়ানখ্রবরা য়ান্দ্রিবরা অসুম হায়না হংখি। ১৬॥ অদুম্বা ঙাংলবা বালখিল্য মুনিশিংনা কশ্যপ ঋষিগী মফমদা অসুম হায়না হায়খি— "কার্যসিদ্ধি অদুমক ওইরসনু" মহু তারবদা কশ্যপনা অঙৈবা অমদি থেমজিনবা ম্বাহৈনা বালখিল্য মুনিশিংদা হায়খি ॥১৭॥

হে তপস্বী পুম্নমক ব্রহ্মাগী য়াথংনা মরোম অদুমগী ইন্দ্র অমা হাপখ্রে, অদুগা নখোয়না অমুক অদোম্না ইন্দ্র অমা পোকসে হায়না হৌরললি ॥১৮॥ অদুম্বা অখোইবা সাধু পুম্নমক নখোয়না ব্রহ্মাগী

ভবত্বেষ পতত্রীণামিন্দ্রোঽতিবলসত্ত্ববান্। প্রসাদঃ ক্রিয়তামস্য দেবরাজস্য যাচতঃ ॥২০॥

সৌতিরুবাচ।

এবমুক্তাঃ কশ্যপেন বালখিল্যাস্তপোধনাঃ। প্রত্যূচুরভিসংপূজ্য মুনিশ্রেষ্ঠং প্রজাপতিম্ ॥২১॥

বালখিল্যা উচুঃ।

ইন্দ্রার্থোঽয়ং সমারম্ভঃ সর্বেষাং নঃ প্রজাপতে!। অপত্যার্থং সমারম্ভো ভবতশ্চায়মীপ্সিতঃ ॥২২॥

তদিদং সফলং কর্ম্ম ত্বয়ৈব প্রতিগৃহ্যতাম্। তথা চৈবং বিধৎস্বাত্র যথা শ্রেয়োঽনুপশ্যসি ॥২৩॥

সৌতিরুবাচ।

এতস্মিন্নেব কালে তু দেবী দাক্ষায়ণী শুভা। বিনতা নাম কল্যাণী পুত্রকামা যশস্বিনী ॥২৪॥

তপস্তপ্ত্বা ব্রতপরা স্নাতা পুংসবনে শুচিঃ। উপচক্রাম ভর্ত্তারং তামুবাচাথ কশ্যপঃ ॥২৫॥

আরম্ভঃ সফলো দেবি! ভবিতা যস্ত্বয়েপ্সিতঃ। জনয়িষ্যসি পুত্রৌ দ্বৌ বীরৌ ত্রিভুবনেশ্বরৌ ॥২৬॥

তপসা বালখিল্যানাং মম সঙ্কল্পজৌ তথা। ভবিষ্যতো মহাভাগৌ পুত্রৌ ত্রৈলোক্যপূজিতৌ ॥২৭॥

উবাচ চৈনাং ভগবান্ কশ্যপঃ পুনরেব হ। ধার্য্যতামপ্রমাদেন গর্ভোঽয়ং সুমহোদয়ঃ ॥২৮॥

এতৌ সর্ব্বপতত্রীণামিন্দ্রত্বং কারয়িষ্যতঃ। লোকসম্ভাবিতৌ বীরৌ কামরূপৌ বিহঙ্গমৌ ॥২৯॥

শতক্রতুমথোবাচ প্রীয়মাণঃ প্রজাপতিঃ। ত্বৎসহায়ৌ মহাবীর্য্যৌ ভ্রাতরৌ তে ভবিষ্যতঃ ॥৩০॥

---

য়াথংবু থুগাইবস্য় য়াদে অদুগা ঐনস্য় নখোয়না নিংলিবা অহ থুগাযনিংদে ॥১৯॥ মরম অহনা নখোযনা সংকল্প তৌরিবা মপাঙ্গল কল্লবা, মথৌনা লৈরবা ইন্দ্র অহনা উচেক পুম্নমক্কী নিংথৌ ওইসহ অহগা হৌজিক লৈরিবা ইন্দ্র-অসিনা দেবতা পুম্নমক্কী ইন্দ্র অমমক ওইসনু। অদুগা হৌজিক দেবরাজ ইন্দ্রনা নখোয়গী মফমদা হায়জরিবসে যাবিয়ু ॥২০॥ সৌতিনা হাযখি কশ্যপনা অসুম হায়রবদা বালখিল্য মুনিশিংনা কশ্যপ প্রজাপতিদা তরাম তরাম অসুমনা হায়খি—হে প্রজাপতি! অতোপ্পা ইন্দ্র অমা অমুক পুথোক্নে হায়দুনা ঐখোইনা হোৎনরিবসিনি, ঐখোইনা তৌরিবা যজ্ঞসে প্রজাপতি নংগী নচা অমা পোক্লবনি ॥২১—২২॥ অদুগা ঐখোয় তৌরিবা যজ্ঞসে মপুংফানা মহৈ য়াল্লবা হায়বদুনি অদুনা মসি য়াবিয়ু। মতুংদা অসুম তৌরবদি মঙ্গল ওইগনি হায়বদু তৌবিয়ু ॥২৩॥ মতম অসিদা দক্ষগী মচা নুপী, লক্ষনা যজরবী, মঙ্গলগী মশক ওইরবী, মমিং চৎলবী, ব্রত কল্লবী, তপসিনি ওইরবী, বিনতা দেবীনা ঋতু স্নান তৌরবা মতুংদা মচা পাম্বনা তশেং তশেংনা মপুরোইবা কশ্যপগী মনাক্তা চংখি, মতম অদুদা কশ্যপনা মাঙোন্দা হায়খি,—বিনতা! নংনা তৌবা ব্রত তপস্যা লোয়না মহৈ য়াল্লবনি, নংনা নিংলিবদো হৌজিক্তি থুংলগনি। মরোল অহুমনা পূজা তৌনবা ওইরবা নচা নিপা অনি পোকপা তারে ॥২৪—২৬॥ বালখিল্য মুনিশিংগী তপস্যাগী মহৈনা অমদি ঐনা তৌখিবা সংকল্পনা মরোল অহুমনা ইকায়খুমনবগী মশক ওইরবা মরাইবক করবা নচা অনি পোক্লগনি ॥২৭॥ ভগবান্ কশ্যপ প্রজাপতিনা অমুক হন্না বিনতাদা হায়খি—নংগর্ভ অসি চেকশিন্না ধারণ তৌ, য়ামনা চাউখৎপা ফংগনি [illegible]

[illegible] [illegible], ওইনিংবা [illegible] ওইরবা, লোক পুম্নমক্না ব্যবহার তৌরবা, মপা পানবা [illegible] অদুনা উচেক পুম্নমক্কী নিংথৌ ওইগনি ॥২৯॥ [illegible]

নৈতাভ্যাং ভবিতা দোষঃ সকাশার্ত্তে পুরন্দর ! । যোত্তু তে শক্র ! সন্তাপস্ত্বমেবেন্দ্রো ভবিষ্যসি ॥ ৩১ ॥

ন চাপ্যেবং ত্বয়া ভূয়ঃ ক্ষেপ্তব্যা ব্রহ্মবাদিনঃ । ন চাবমান্যা দর্পাত্তে বাগ্বজ্রা ভৃশকোপনাঃ ॥৩২॥

এবমুক্তো জগামেন্দ্রো নির্বিশঙ্কস্ত্রিপিষ্টপম্ । বিনতা চাপি সিদ্ধার্থা বভূব মুদিতা তথা ॥ ৩৩ ॥

জনয়ামাস পুত্রৌ দ্বাবরুণং গরুড়ং তথা । বিকলাঙ্গোঽরুণস্তত্র ভাস্করস্য পুরঃসরঃ ॥৩৪॥

পতত্রীণাঞ্চ গরুড়মিন্দ্রত্বেনাভ্যষিঞ্চত । তস্যৈতৎ কর্ম্ম সুমহৎ শ্রূয়তাং ভৃগুনন্দন ! ॥৩৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

আস্তীকে সৌপর্ণে ষড় বিংশোঽধ্যায়ঃ ॥ ০ ॥

—:*:—

---

ইন্দ্রদা হায়খি— ইন্দ্র ! নংগী ননাও অনিসিনা নংগী উপায় য়ামনা তৌগনি ।।৩০।। হে দেবরাজ ! মখোইগী মফমদগী নংগী করিগুম্বা অমাংবা অমতা থোক্রোই, অতুনা নপুকনিংদা করিমত্তা ব্রাগনু, নং ইন্দ্র ওইহনা অম্ভুম্বক লৈগনি। অহুম্বদি ওইরবদা ইন্দ্র ! নপাঙ্গল কল্লি হায়বগী নাপলগী মখা পোন্দুনা বেদ খংলবা মহর্ষিশিংবু খক থোওই-উশিত্তবা তৌকগনু । মরমদি মখোয় অসি শাওগনব্বনি, অতগা মখোয়গী ব্রাহৈনা বজ্রগা মান্ননা কনবনি ।'৩১—৩২।। মহর্ষি কশ্যপনা অস্তুম হায়বদ ইন্দ্র অসি চিংনবা লৈতনা স্বর্গদা চংখি, বিনতাসু নিংবা থুংলহনা থোইদোক্লা নুংঙায়খি। মতমচানা অরুণগা গরুড়গা মচা অনি অসি ফংখি। অনি অসিগী মমুংদা মীওইশুদবা অরুণনা সূর্য্যগী সারথি ওইহনা মতম লৈবা খিবিকতা মাগী মমাংদা লৈখি। গরুড়না উচেক পুমনমককী নিংথৌ ওইখি . অহনা— শৌনক ! হৌজিকতি গরুড়না তৌগদৌবিবা অকনবা থৌদোক অসি তাবিরো ।।৩৩—৩৫।।

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারতকী শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদি পর্ব্বদা আস্তীককী সৌপর্ণ কৌবা মতাংদা কুন তরুক শুবা অধ্যায় লোইরে।

—:(০):—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব—আস্তীক সৌপর্ণে

### (কুনতরেৎ শুবা অধ্যায় )

——(*——

সৌতিরুবাচ ।

ততস্তস্মিন্ দ্বিজশ্রেষ্ঠ । সমুদীর্ণে তথাবিধে । গরুড়ঃ পক্ষিরাট্ তূর্ণং সম্প্রাপ্তো বিবুধান্ প্রতি ॥১॥
তং দৃষ্ট্বাতিবলঞ্চৈব প্রাকম্পন্ত সুরাস্ততঃ । পরস্পরঞ্চ প্রত্যঘ্নন্ সর্ব্বপ্রহরণান্যুত ॥২॥
তত্র চাসীদমেয়াত্মা বিদ্যুদগ্নিসমপ্রভঃ । ভৌমনঃ সুমহাবীর্য্যঃ সোমস্য পরিরক্ষিতা ॥৩॥
স তেন পতগেন্দ্রেণ পক্ষতুণ্ডনখক্ষতঃ । মুহূর্ত্তমতুলং যুদ্ধং কৃত্বা বিনিহতো যুধি ॥৪॥
রজশ্চোদ্ধূয় সুমহৎ পক্ষবাতেন খেচরঃ । কৃত্বা লোকান্ নিরালোকাংস্তেন দেবানবাকিরৎ ॥৫॥
তেনাবকীর্ণা রজসা দেবা মোহমুপাগমন্ । ন চৈনং দদৃশুশ্ছন্না রজসামৃতরক্ষিণঃ ॥৬॥
এবং সংলোড়য়ামাস গরুড়স্ত্রিদিবালয়ম্ । পক্ষতুণ্ডপ্রহারৈস্তু দেবান্ স বিদদার হ ॥৭॥
ততো দেবঃ সহস্রাক্ষস্তূর্ণং বায়ুমচোদয়ৎ । বিক্ষিপেমাং রজোবৃষ্টিং তবেদং কর্ম্ম মারুত ! ॥৮॥

---

সৌতিনা হায়খি— হে ব্রাহ্মণ অথোইবা শৌনক ! অদুগী মতুংদা খুজ্জু থুংলাইগা লোয়নবা লৈম শাদনা লৈববা লাইয়াম খিবিকনা অমৃতবু মজৌ অস্রম তৌনা শংদনা লৈরিবদা উচেক নিংথৌ গরুড়না মখোয়গী নাক্তা থুনা য়াংনা থুংলরে ॥১॥ অদুগী মতুংদা দেবতাশিংনা মপাঙ্গল কল্লবা গরুড়বু উবদা কিবনা থক থক নীকখি, অদুগী মতুংদা গরুড়গা লাইয়ামশিংগা অমগা অমগা মখৎ মথা অযাম্বা থুংলাইনা অকনবা লাল থেংনখি ॥২॥ থোইদোকনা শিংলবা, মৈ অমদি নোংথাংগা মান্নবা লংলবা, হকচাংনা মহাকবী ওইববা, থোইনা মপাঙ্গল কল্লবা বিশ্বকর্ম্মনা হাকপেন্ননা অমৃত অদুগী মনাকতা কমথনা ডাবলমই ॥৩॥ মতম খরদং গরুড়গা লাল থেংনরবা মতুংদা গরুড়গী মশা, মচিল অমদি— খুজিলনা খোৎখিবনা ঈহং নাইহং শাদুনা বিশ্বকর্ম্মাসি অশিবগা পাংথক ওইদুনা তাদুনা লৈরে ॥৪॥ গরুড়গী পাক চাউরবা মশা অনি অদুদগী হুক্লনপা দুংশিংনা পুৎহলকপা উফুল মপৈনা স্বর্গলোক পুম্নমক মমৎনখিদুনা লইয়াম পুম্নমক মমিৎ উহনখিদ্রে ॥৫॥ উফুল মপৈনা কুপ্পা থহনা লাইয়াম অসি তৌকম থংখিদ্রে, উফুলতনা মিৎ পাংবা যাখিদদুনা অমৃত শংবশিংনা গরুড়মকপু উবা ফংখিদ্রে ॥৬॥ মতম অসিদা গরুড়না স্বর্গলোকপু অব্বাবা তাহনখি, মশাগা মচিলগানা কুপ্পনা লাইয়াম খিবিকপু খুপ্পনা খিন্দুনা ঈহং নাইহং শাদুনা অশিবগী পাংথক ওইহনখে ॥৭॥ অদুগী মতুংদা দেবরাজনা— মুংশিল্লা হায়খি— হে বায়ু ! থুনা য়াংনা চংশিন্দুনা উফুল মন্নাম অসি হায়দোকলু, হৌজিক নংনা তৌগদবা নথৌ অসিগনি ॥৮॥ অদুগী মতুংদা মপাঙ্গল কল্লব মুংশিংনা শাক্তু কয়া শিন্দুনা উফুল

অথ বায়ুরপোবাহ তত্র্জস্তরসা বলী। ততো বিতিমিরে জাতে দেবাঃ শকুনিমার্দয়ন্ ॥৯॥
ননাদোচ্চৈঃ স বলবন্ মহামেঘ ইবাম্বরে। বধ্যমানঃ সুরগণৈঃ সর্ব্বভূতানি ভীষয়ন্ ॥১০॥
উৎপপাত মহাবীর্য্যঃ পক্ষিরাট্ পরবীরহা। সমুৎপত্যান্তরিক্ষস্থং দেবানামুপরি স্থিতম্ ॥১১॥
বর্ম্মিণো বিবুধাঃ সর্ব্বে নানাশস্ত্রৈরবাকিরন্। পট্টিশৈঃ পরিঘৈঃ শূলৈর্গদাভিশ্চ সবাসবাঃ ॥১২॥
ক্ষুরপ্রৈর্জ্বলিতৈশ্চাপি চক্রৈরাদিত্যরূপিভিঃ। নানাশস্ত্রবিসর্গৈস্তৈর্বধ্যমানঃ সমন্ততঃ।
কুর্ব্বন্ সুতুমুলং যুদ্ধং পক্ষিরাড় ন ব্যকম্পত ॥১৩॥
নির্দ্দহন্নিব চাকাশে বৈনতেয়ঃ প্রতাপবান্। পক্ষাভ্যামুরসা চৈব সমন্তাদ্ব্যাক্ষিপৎ সুরান্ ॥১৪॥
তে বিক্ষিপ্তাস্ততো দেবা দুদ্রুবুর্গরুড়ার্দ্দিতাঃ। নখতুণ্ডক্ষতাশ্চৈব সুস্রুবুঃ শোণিতং বহু ॥১৫॥
সাধ্যাঃ প্রাচীং সগন্ধর্ব্বা বসবো দক্ষিণাং দিশম্। প্রজগ্মুঃ সহিতা রুদ্রৈঃ পতগেন্দ্রপ্রধর্ষিতাঃ ॥১৬॥
দিশং প্রতীচীমাদিত্যা নাসত্যাবুত্তরাং দিশম্। মুহুর্মুহুঃ প্রেক্ষমাণা যুধ্যমানা মহৌজসঃ ॥১৭॥
অশ্বক্রন্দেন বীরেণ রেণুকেন চ পক্ষিরাট্। ক্রথনেন চ শূরেণ তপনেন চ খেচরঃ ॥১৮॥
উলূকশ্বসনাভ্যাঞ্চ নিমিষেণ চ পক্ষিরাট্। প্ররুজেন চ সংগ্রামং চকার পুলিনেন চ ॥১৯॥

---

মপৈবু হুমদোকখি, অদুগী মতুংদা অমম্বা লৈত্রেবদা লাইযামনা গরুডদা মখল মখা অয়াম্বা খুৎলাইনা থাবা হৌরক্লে ॥৯॥ মপাঙ্গল কল্লবা গরুডনা লাইয়াম খিবিকনা ফুবকপা অদুদা শাওখিত্তনা জীব পানবা পুম্নমক্কী থমোইদা অকিবা পোকহল্দুনা নোং থাকপগী মতৌগুম্না অতিযাদগী ভংথরকই ॥১০॥ মপাঙ্গল কল্লবা যেক্লবা হাৎলবা গরুডনা অতিযাদা পাইখৎলকতুনা লাইয়াম খিবিককী মথক থোংখি, ইন্দ্রগা লোযননা লাইযাম খিবিকনা অমতা ওইত্তনা থাং, তং, ত্রিশূল, গদা, চক্র অসিনচিংবা খুৎলাই মপৈ মপৈনা গরুডদা থারকলে ॥১১—১২॥ মযা থেৎববা হুমিৎকী মতৌগুম লংলবা চক্র অমদি মখল মখা অযাম্বা খুংলাইনা মাইকৈ মরি লেপ্তুনা গরুড়দা থারকলে, অদুম্বদি ওইরবদা করিমতা লেংদনা, অকিবা লৈতনা মথন্তগা লাইয়াম খিবিককা লাল থেংনখি ॥১৩॥

অদুগী মতুংদা প্রতাপ চাওরবা বিনতাগী মচা গরুড়না মতম কুইনা অতিয়াদা লৈত্তুনা লাইয়াম খিবিকপু চাকথেক্কে হায়বগী মতাগুম মশাগা মথবাককা অনিনা ফুবনা লাইয়াম খিবিকপু মাইকৈ মরিদা পুমচায় চায়খায়খি ॥১৪॥ লাইয়ামগী মতুংদা অয়াম্বনা গরুড়গী খুজিনগা মচিনগা অনিগী চৈনাখোল খাংবা ভমদতুনা ঈহং নাইহং শাতুনা লালকমদগী মাইকৈ মরিমক্তা চেন্নখি, মতৌ অম্বম্না গরুড়না ফুবদা অতৎ অথম নাইদনা ঙরাদগী ঈ ওখি ॥১৫॥ গরুড়না ফুবদা চৈনাখেল কংতুনা গন্ধর্ব্বশিংগা লোয়ননা সিদ্ধ সাধ্যশিংসু নোংপোক পাংনা চেন্নখি, অম্বগা রুদ্রশিংগা লোয়ননা বসুশিংসু মখা পাংনা চেন্নখি ॥ ১৬॥ মপাঙ্গল কল্লবা আদিত্যশিংনা গরুড়গা শোক্ল পোক্লনা তুং হন্না হন্না নোংচুপ পাংনা চেনখি, গরুড়গী মাইকৈরোমদা মমিৎ কুপ্পনা হন্না হন্না য়েংখি, অদুগা অশ্বিনীকুমার অনিসু অৱাং পাংবা মাংথোকখ্রে ॥১৭॥ অদুগী মতুংদা উচেক লিংথৌ গরুড়না অশ্বক্রন্দ, রেণুক, ক্রথন, তপন, উলূক, শ্বসন, নিমিষ, প্ররুজ অমদি পুলিন কৌবা যক্ষ তরুককা অকনবা লান থেংনখি ॥১৮—১৯॥

তান্ পক্ষনখতুণ্ডাগ্রৈরভিনন্নিতাসুতঃ। যুগান্তকালে সংক্রুদ্ধঃ পিনাকীব পরন্তপঃ ॥২০॥

মহাবলা মহোৎসাহাস্তেন তে বহুধা ক্ষতাঃ। রেজুরভ্রঘনপ্রখ্যা রুধিরৌঘপ্রবর্ষিণঃ ॥২১॥

তান্ কৃত্বা পতগশ্রেষ্ঠঃ সর্ব্বানুৎক্রান্তজীবিতান্। অতিক্রান্তোঽমৃতস্যার্থে সর্ব্বতোঽগ্নিমপশ্যত ॥২২॥

ততো নবত্যা নবতীর্মুখানাং কৃত্বা মহাত্মা গরুড়স্তরস্বী। নদীঃ সমাপীয় মুখৈস্ততস্তৈঃ সুশীঘ্রম গম্য পুনর্জ্জবেন ॥২৪॥

জ্বলন্তমগ্নিং তমমিত্রতাপনঃ সমাস্তরৎ পত্ররথো নদীভিঃ।

ততঃ প্রচক্রে বপুরন্যদল্পং প্রবেষ্টুকামোঽগ্নিমভিপ্রশাম্য ॥২৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

আস্তীকে সৌপর্ণে সপ্তবিংশোঽধ্যায়ঃ ॥ ০॥

—=:(*):=—

অতগী মতুংদা প্রলয়গী মতমদা শাওরসা রুদ্রগী মতৌগুম ক্ললবা য়েক্লবা ঙমলবা গরুড়না মশাগা, মচিনগা খুজিলতগনা যক্ষশিংবুসু ঈহং নাইহং শাহল্লে ॥২০॥ মপাঙ্গল কল্লবা মথৌনা লৈরবা যক্ষশিংনা গরুড়না ফুবদা ঈহং নাইহং শাঙ্কনা মাগী মাগী মশাদগী ঈগী ধারা শিল্লহন্দুনা নোংগী মতমশিংগী মতৌ-গুমনা অতিয়াদা কোয়চেন চেন্দুনা খাংখি ॥ ২১ ॥ মতৌ অসুমনা যক্ষশিংবু মাইথিবা পিতুনা গরুড়না অমৃতগী মনাক্তা চংশিনখি, মফম অমদা করি উথিবগে হায়ববু অমৃতগী অকোয়বদা মৈ হৌগ্তনা লৈরি, পাক চাওরবা মৈরিনা নোংমদোন য়ৌনা পাইখৎলকলি, মাগুদা হুংশিংনা হুমজিন্দুনা মৈরিবু কলহল্লি, মৈ অত্তুনা সুমিংমকপু চাকথেকহনগে মতাগুম তৌরি ॥২২—২২ ॥ অতগী মতুংদা য়েক্লবা ঙল্লবা, মহাত্মা গুইরবা গরুড়না মশাগী মশিং যামলবা মচিন পুথোকতুনা থুনা য়াংনা চেনশিনখিতুনা মচিন পুমনমক অঙনা তুপ্লেন কংবু থর্কাচল্লুরগা অমুক হল্লা পাইশিল্লকতুনা চাকলিবা মৈ অত্মদা ঈশিং ময়াম অতুনা কাপ্পশিল্লকতুনা মুথংলে। মৈনা মুংখ্রবদা থোইদোকনা পীকলবা মশক লৌতুনা অমৃত মন্দিরদা চংথ্রে ॥২৪—২৫ ॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারততা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদি পর্ব্বদা

আস্তীককী সৌপর্ণ কৌবা মতাংদা কুন তরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে।

——•:(*):•——

# শ্রীমহাভারতম্

## আদিপর্ব—আস্তীকে সৌপর্ণে

( কুনশিপাল শুবা অধ্যায় )

—:*:—

সৌতিরুবাচ।

জাম্বুনদময়ো ভূত্বা মরীচিনিকরোজ্জ্বলঃ। প্রবিবেশ বলাৎ পক্ষী বারিবেগ ইবার্ণবম্ ॥১॥

স চক্রং ক্ষুরপর্য্যন্তমপশ্যদমৃতান্তিকে। পরিভ্রমন্তমনিশং তীক্ষ্ণধারময়স্ময়ম্ ॥২॥

জ্বলনার্কপ্রভং ঘোরং ছেদনং সোমহারিণাম্। ঘোররূপং তদত্যর্থং যন্ত্রং দেবৈঃ সুনির্ম্মিতম্ ॥৩॥

তস্যান্তরং স দৃষ্ট্বৈব পর্য্যবর্ত্তত খেচরঃ। অরান্তরেণাভ্যপতৎ সংক্ষিপ্যাঙ্গং ক্ষণেন হ ॥৪॥

অধশ্চক্রস্য চৈবাত্র দীপ্তানলসমদ্যুতী। বিদ্যুজ্জিহ্বৌ মহাকায়ৌ দীপ্তাস্যৌ দীপ্তলোচনৌ ॥৫॥

চক্ষুর্বিষৌ মহাঘোরৌ নিত্যং ক্রুদ্ধৌ তরস্বিনৌ। অমৃতস্যৈব রক্ষার্থং দদর্শ ভুজগোত্তমৌ ॥৬॥

সদা সংরব্ধনয়নৌ সদা চানিমিষেক্ষণৌ। তয়োরেকোঽপি যং পশ্যেৎ স তূর্ণং ভস্মসাদ্ভবেৎ ॥৭॥

---

সৌতিনা হাযখি—গরুড়না সনাগী মতৌগুম নিংথিজরবা মওং অমদি কুচু পুহুনা মহাক্কী মঙালগী মপৈনা মায়কৈ মরি শিনথুংনা শন্দোকলি। সমুদ্রগী মাযকৈদা তুবেন্না চেম্থুরকপগুম, মপাঙ্গল থেকনা নমথুনা গরুড়না অমৃতগী মন্দির মনুংদা চেনশিনখ্রে ॥১॥ মফংদা চংথ্রগা করি উবগে হায়ববু অমৃত চক্র অতুগী মনাক্তা ইতত্তুনা য়োংকী চক্র অমা লৈহুনা লৈ, মহাক্কী ময়াশিং অহুদি য়াম্না থোই ॥২॥ দেবতাশিংনা অমৃততু ঙাক্লনবগীদমক্তা য়াম্না শিংনা যন্ত্র অদু শাখিবনি, যন্ত্র অদু সুমিৎ অমদি মৈগী মতৌগুম লংঙি, অমৃতদু হূরানগে চংলকপা অহুমা যন্ত্র অদুনা হেক্তা ককং, মশক য়েংবদসু অকিবগী মশাক্কি মাগী থবকসু অকিবগী মশক্কি ॥৩॥ গরুড়না চক্র অতুগী ময়াইদা অহোবা অমতংদি লৈবদু উরদুনা মহাক্কী মশক অদু ওন্থোকলে, মহাক্কী হকচাং অদু উদবমখৈ পীকশিনহন্দুনা মিকুপ অমাগী মম্থুংদা চক্রগী হোরিবা মথুল অদুদা চংশিনখরে, অদুদগী করি উবগে হায়ববু অমৃততু ঙাকশোন্নবগীদমক চাউরবা লিল অনি চক্র অদুগী মখাদা লৈ; মথোয়গী মমিৎ অদু মৈগী মতৌগুম ইরুং লংই, হু পুরবা মরৈনা নোংথাং কুপ্পগুম থিন্দোক থিনজিন তৌহুনা লৈরমই, মশাদু য়াম্না শাংই, ময়াগা মমিৎকা ইরুং লংনা কুপক্কেৎ কাক্কেৎ তৌহুনা লৈ, ময়াদমু মমিত্তুসু হূগী হু ঙাক্ত য়াওবগুম নিংই, অদুগা মতমলৈবাখিবিক্তা অকিবগী মশক ওইনা ইশাউদ শাউদুনা লৈবগুম তৌই। ৪—৬॥ মমিৎশিং অদু অশাওবগী খুদম উৎজি অদুগা ইকুপ কুপ্পে হায়বা য়াই। মথোয়গী মমাংদা

তয়োশ্চক্ষূংষি রজসা সুপর্ণঃ সহসাবৃণোৎ। তাভ্যামদৃষ্টরূপোঽসৌ সর্বতঃ সমতাড়য়ৎ ॥৮॥
তয়োরঙ্গে সমাক্রম্য বৈনতেয়োঽন্তরিক্ষগঃ। আচ্ছিনত্তরসা মধ্যে সোমমভ্যদ্রবত্ততঃ ॥৯॥
সমুৎপাট্যামৃতং তত্ত বৈনতেয়স্ততো বলী। উৎপপাত জবেনৈব যন্ত্রমুন্মথ্য বীর্য্যবান্ ॥১০॥
অপীত্বৈবামৃতং পক্ষী পরিগৃহ্যাশু নিঃসৃতঃ। আগচ্ছদপরিশ্রান্ত আবার্য্যার্কপ্রভাং ততঃ ॥১১॥
বিষ্ণুনা চ তদাকাশে বৈনতেয়ঃ সমেয়িবান্। তস্য নারায়ণস্তুষ্টস্তেনালৌল্যেন কর্ম্মণা ॥১২॥
তমুবাচাব্যয়ো দেবো বরদাঽস্মীতি খেচরম্। স বব্রে তব তিষ্ঠেয়মুপরীত্যন্তরিক্ষগঃ ॥১৩॥
উবাচ চৈনং ভূয়োঽপি নারায়ণমিদং বচঃ। অজরশ্চামরশ্চ স্যামমৃতেন বিনাপ্যহম্ ॥১৪॥
এবমস্ত্বিতি তং বিষ্ণুরুবাচ বিনতাসুতম্। প্রতিগৃহ্য বরৌ তৌ চ গরুড়ো বিষ্ণুমব্রবীৎ ॥১৫॥
ভবতোঽপি বরং দদ্যাং বৃণোতু ভগবানপি। তং বব্রে বাহনং বিষ্ণুর্গরুত্মন্তং মহাবলম্ ॥১৬॥
ধ্বজঞ্চ চক্রে ভগবানুপরি স্থাস্যসীতি তম্। এবমস্ত্বিতি তং দেবমুক্ত্বা নারায়ণং খগঃ ॥১৭॥
বব্রাজ তরসা বেগাদ্বায়ুং স্পর্দ্ধন্ মহাজবঃ। তং ব্রজন্তং খগশ্রেষ্ঠং বজ্রেণেন্দ্রোঽভ্যতাড়য়ৎ ॥১৮॥

---

কনাগুম্বা লিল অমা ফাউবা লাক্রবস্থ উৎ ওইনা মিৎকুপ্তা তু্ম্মি ॥৭॥ গরুড়না মতম অম্দা উফুন মযাম্না মখোয়গী মমিৎ অতুদা চায়শিল্লি, মখোয়না গরুড়বু উথিদ্রে, গরুড়না লিল অনি অত্তুবু যাম্না কম্না মশানা ফুরে, অতুদগী অতিয়াদা পাযখৎতুনা লিল অনি অত্তুবু লাক্তুনা চিংখৎথ্রগা মচিন অহনা লিল অদুগী ময়াইচবুক্তা চিকথৎতুনা লংথোকখ্রে, অত্তুদগীদি অপনবা লৈতনা অমৃত মনাক্তা চংখ্রে ॥৮—৯॥

মপাঙ্গল কল্লবা থৌনা ফরবা গরুড়না অমৃত চফু অহ থাঙ্গৎলগা যন্ত্র অত্তবুস্থ থুগাযবম্গা থুনা য়াংনা পাইথোকখ্রে ॥১০॥ গরুড়না থুনা য়াংনা অমৃত চফু অদু পুহনা, অমৃত অত্তবুদি থকপাদি থক্তনা অব্বাবা কম্নিমতা য়াওদনা মশা অনিনা সুমিৎকী মশেকপু কুপতুনা পাইরকলে. গরুড়না আকাশদা পাইহনা চৎলিঙৈদা লম্বীদা শ্রীবিষ্ণুগা উনরে, মশাগী কান্নবা অমৃত অদু যাউবা থক্তনা, অপামবা য়াওদনা, অমৃত পুত্তুনা চৎপম্ব উবদা শ্রীবিষ্ণুনা থোইদোকনা পেনখি ॥ ১১ – ১২ ॥ অমাং অতা লৈত্রবা নারায়ণনা গরুড়দা হায়খি— গরুড়! ঐ মঙোন্দা বর অমা পিগে। মা অসি তারবদা গরুড়না হায়খি—ঐঙোন্দা 'বর 'পিবিগে হায়রবদি ঐ নংগী মনাক্তা লৈবা ওইজগে, 'অত্তুগা অমৃত অসি ইথক্ থক্তনা অজর-অমর ওইজগে ॥ ১৩ – ১৪ ॥ যরে ওইজরো, 'অস্তুম হায়না নারায়ণনা গরুড়দা পিখি। গরুড়না বর অনি অহু কংলবা মতুংদা শ্রীবিষ্ণুদা হায়খি— ঐস্থু বিষ্ণুদা 'বর অমতং পিজনিংই, করি বরনো অমতং হায়বিয়ু, মা অসি তাবদা বিষ্ণুনা— নংনা ঐগী শাদোং ওইবা পামই, বরসি ঐঙোন্দা পিয়ু, 'অস্তুম হায়খি। গরুড়না—করে, অহ মঙাইরে, 'অস্তুম হায়তুনা পেইদোকনা য়াংলবা গরুড়না সুংশিৎকীমমাং থানা পাইরক্লে তাক্লা অত্তুনা, শাঙিরবা ইন্দ্রনা তান্নরকতুনা অমৃত হূরানবা গরুড়দা বজ্রনা থারক্লে লাইয়াংখিবিরা লাও থোংনা তাম্নরকই। মতম অসিদা উচেক নিংথৌ গরুড়না বজ্রনা থারবা কাওবদা নোক্ত নোক্তা অথোংপা মাহৈনা ইন্দ্রদা হায়খি— লাইয়াম পুম্নমকী নিংথৌ। মহাকী শরুমা মহাককী বজ্রসি শাখিবা মথৌটি মুনি

ইত্যুক্তমমৃতং রোষাদ্‌গরুড়ং পক্ষিণাং বরম্। তমুবাচেন্দ্রমাক্রন্দে গরুড়ঃ পততাং বরঃ ॥১৯॥

প্রহসন্ শ্লক্ষয়া বাচা তথা বজ্রসমাহতঃ। ঋষের্মানং করিষ্যামি বজ্রং যস্যাস্থিসম্ভবম্ ॥২০॥

বজ্রস্য চ করিষ্যামি তবৈব চ শতক্রতো॥। এতৎ পত্রং ত্যজাম্যেকং যস্যান্তং নোপলপ্স্যসে ॥২১॥

ন চ বজ্রনিপাতেন রুজা মেঽস্তীহ কাচন। এবমুক্ত্বা ততঃ পত্রমুৎসসর্জ্জ স পক্ষিরাট্ ॥২২॥

তদুৎসৃষ্টমভিপ্রেক্ষ্য তস্য পর্ণমনুত্তমম্। হৃষ্টানি সর্ব্বভূতানি নাম চক্রুর্গরুত্মতঃ ॥২৩॥

সুরূপং পত্রমালক্ষ্য সুপর্ণোঽয়ং ভবত্বিতি। তদ্দৃষ্ট্বা মহদাশ্চর্য্যং সহস্রাক্ষঃ পুরন্দরঃ।

খগো মহদিদং ভূতমিতি মত্বাঽভ্যভাষত ॥২৪॥

শক্র উবাচ।

বলং বিজ্ঞাতুমিচ্ছামি যত্তে পরমনুত্তমম্। সখ্যঞ্চানন্তমিচ্ছামি ত্বয়া সহ খগোত্তম! ॥২৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

আস্তীকে সৌপর্ণে অষ্টাবিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

——:(*):——

অদুগী অমদি লাই পুন্নমককী নিংথৌ ওইরিবা নংগী অহংগা বজ্র অসিমককীসু মগুণ খর অসি ভাকলমগে অহনা নংগী বজ্র অসিনা ঐভোন্দা পানবগী ইতু অমতং থাদরমগে কো, ঐনা থাদরমলিবা ইতু অসি কয়া শাংবগে কয়া পাকপগে হায়ববু নংনা উবা ফংলরোইদবনি॥ ১৫—২১ ॥

নংগী বজ্রনা ঐভোন্দা পানবসি অনাবা করিমতা কাউদে, অসি হায়রমলগা উচেক নিংথৌ গরুড়না ইন্দ্রগী মমাংদা মতু অমতং থাদরমলগা পাইথে ॥ ২২ ॥ গরুড়না থাদরম্বা ফজরবা মতু অদু উবদা থৱাই পানবা পুন্নমকনা সুংভাইবা শোকখিদ্রনা গরুড়গী অতোপ্পা মমিং অমা ময়াম্না থোনখি ॥২৩॥ মতু হায়বদি সুন্দর, ফজব। হায়রনি; পর্ণ হায়বদি মতু নত্রগা মশা হায়বনি। মরম অদুনা মখা ফজবা পানবা হায়বদি সুপর্ণ অমুম হায়বা মমিং অসি অহনবী সুমিত্তগী জীব পুন্নমক্কা থোনখি। দেবরাজ ইন্দ্রসু মাগী তৌভমত্রবা থবক অদুদা থোইনা অঙকপা ফংখিদ্রনা উচেক অসি চুক্কগী উচেক নত্তে, প্রাণী খিখিক্কি মনুংদা মহাপ্রাণী অমনি 'অসুম হায়না খনখি ॥২৪॥ ইন্দ্রনা হায়খি—হে উচেক নিংথৌ! নংভোন্দা লৈরিবা নপাক্কল শক্তি অসে, ঐ লোয়না খংজনিংই, অহনা মতম লৈবা খিখিক্কা নং অসে ঐখোী মরূপ ওইনা লৈহন্মজনিংই ॥২৫॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারততা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদি পর্ব্বদা আস্তীককী সৌপর্ণ কৌবা মতাংদা কুননিপাল শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

——•——

# শ্রীমহাভারতম্।

## আদি পর্ব — আস্তীকে সৌপর্ণে

(ত্রুনমাপন শুবা অধ্যায়ঃ)

—:*:—

গরুড় উবাচ।

সখ্যং মেহস্তু ত্বয়া দেব! যথেচ্ছসি পুরন্দর!। বলন্তু মম জানীহি মহচ্চাসহ্যমেব চ ॥১॥

কামং নৈতৎ প্রশংসন্তি সন্তঃ স্ববলসংস্তবম্। অনিমিত্তং সুরশ্রেষ্ঠ! সন্তঃ প্রাপ্নোতি গর্হণাম্ ॥২॥

গুণসঙ্কীর্ত্তনঞ্চাপি পৃষ্টেনাত্মন গোপতে!। বক্তব্যং ন তু বক্তব্যং স্বয়মেব শতক্রতো! ॥৩॥

সখেতি কৃত্বা তু সখে! পৃষ্টো বক্ষ্যাম্যহং ত্বয়া। নহ্যাত্মস্তবসংযুক্তং বক্তব্যমনিমিত্ততঃ ॥৪॥

পর্ব্বতবনামুর্ব্বীং সসাগরজলামিমাম্। বহে পক্ষেণ বৈ শক্র! ত্বামপ্যত্রাবলম্বিনম্ ॥৫॥

সর্ব্বান্ সম্পিণ্ডিতান্ বাপি লোকান্ সস্থাণুজঙ্গমান্। বহেয়মপরিশ্রান্তো বিদ্ধীদং মে মহদ্বলম্ ॥৬॥

---

গরুড়না হায়খি—ইন্দ্র! নংনা ঐবু মরূপ হেক হেক ওইহননিংলকপা মতমদা নংগা ঐগা মরূপ ওইসনু। অদুগা ঐনা যাম্না কনবনা অতোপ্পা অমনা ঐগা মরূপ ওইমিন্নবনা ঐনা হায়বদা তৌবা ঙম্বা মরূপ্তি লৈরোই। * ॥১॥ হে দেবরাজ! মরম চাদনা মশাগী মপাঙ্গলবু থাগৎচবা অসি সাধু মহাত্মাশিংনা তৌনদে, অহোযনদুম সমাজগী মসুংদা নিন্দা তৌননবগী মশক ওই ॥২॥ হে পৃথিবী পুম্বগী অধীশ্বর! কনাগুম্বনা হংলবদি মশাগী মগুণ তাকপদা দোষ লৈতে। অদুমদি ওইববদা ইন্দ্র! য়ারিমখৈদি মশামথন্তনা মশাগী গুণ প্রশংসা খক তৌবোইদবনি ॥৩॥ অদুমদি ওইরবদা মরূপ! ঙসি নংনা ঐবু মরূপনি হায়না খন্দুনা ঐগী ইগুণ হংলকপা অসিদা ঐ শর হায়বমগে, অদুগা মরম চাদনদি খক হায়রোই ॥৪॥ ইন্দ্র! ঐনা ইশা অনি অসিদা চীং, বন, অমদি সমুদ্রগী ঈশিং পুম্নমকসি লোয়নববা পৃথিবী মপুম অসিবু পুম্বনা পাইবা ঙমগনি, অতুগীমথক্তা ইন্দ্রনহাক ফাউদ্বা ইথক্তা থোংগক্তুনা পাইবা ঙমগনি ॥৫॥ অদুদগী হেন্দোক্তুনা অচৎচত্ত পুম্নমকপু খোমজিন্নগা

---

* মাসিগী ভাবত্তি মরূপ শান্নগা হায়বা অশিমক্তু মপাঙ্গল মান্নবা, ধর্ম্ম মান্নবা, বিদ্যা মান্নবা, বাথল ত্তিন্নবা অমদি অমনা অমাগী লম্নন শিংনবা ঙম্বা মথোয়শিং অতুগী মরক্তদা থোকই। ইন্দ্রনা হায়বমখৈদি গরুড়না তৌবা ঙমথিনি। গরুড়না হায়বামখৈদি ইন্দ্রনা গরুড়গী শোনবনা তৌবা ঙম্মোই। তুংদা শাওনরক্তুনা মরূপ কায়নগনি! মরূপ কায়নববুদি মরূপ শান্নবনা হেন্না লুই। শাউনগদোবগী শরুকপুদি কায়নদনা লাপ্পুক্লা লৈমিন্নবনা হেন্না কৈ হায়বসি গরুড়গী সিদ্ধান্তনি!

সৌতিরুবাচ।

ইত্যুক্তবচনং বীরং কিরীটী শ্রীমতাং বরঃ। আহ শৌনক! দেবেন্দ্রঃ সর্ব্বলোকহিতঃ প্রভুঃ ॥৭॥

এবমেব যথাত্থ ত্বং সর্ব্বং সম্ভাব্যতে ত্বয়ি। সংগৃহ্যতামিদানীং মে সখ্যমত্যন্তমুত্তমম্ ॥৮॥

ন কার্য্যং যদি সোমেন মম সোমঃ প্রদীয়তাম্। অস্মাংস্তে হি প্রবাধেয়ুর্য্যেভ্যো দদ্যাদ্ভবানিমম্ ॥৯॥

গরুড় উবাচ।

কিঞ্চিৎ কারণমুদ্দিশ্য সোমোঽয়ং নীয়তে ময়া। ন দাস্যামি সমাদাতুং সোমং কস্মৈচিদপ্যহম্ ॥১০॥

যত্রেমস্ত সহস্রাক্ষ! নিক্ষিপেয়মহং স্বয়ম্। ত্বমাদায় ততস্তূর্ণং হরেথাস্ত্রিদিবেশ্বর! ॥১১॥

শক্র উবাচ।

বাক্যেনানেন তুষ্টোঽহং যত্ত্বয়োক্তমিহাণ্ডজ!। যমিচ্ছসি বরং মত্তস্তং গৃহাণ খগোত্তম ॥১২॥

সৌতিরুবাচ।

ইত্যুক্তঃ প্রত্যুবাচেদং কদ্রুপুত্রাননুস্মরন্। স্মৃত্বা চৈবোপধিকৃতং মাতুর্দাস্যনিমিত্ততঃ ॥১৩॥

গরুড উবাচ।

ঈশোঽহমপি সর্ব্বস্য করিষ্যামি তু তেঽর্থিতাম্। ভবেয়ুর্ভুজগাঃ শক্র! মম ভক্ষ্যা মহাবলাঃ ॥১৪॥

---

মরোন অহুম্মকপুস্থ লায়না শুবা ঙমগববা হায়না খল্লি। অদূনা অতৈ হায়দূনা কান্নদে ঐসি অম্মুক কনবোরে হায়বসি খংঙ্ ॥ ৬ ॥ সৌতিনা হায়খি—মহর্ষি শৌনক! গরুড়না অম্মুম হায়রবদা, সনাগী লুহ্নপ উপলিবা থোইনা নিংখিজরবা, লোক পুম্নমককী কান্নবদা তৌরবা দেবরাজ ইন্দ্রনা গরুড়দা হায়খি— পক্ষিরাজ। হায়বিবদো অচুম্বনি, নংনা ঙম্মোইদবা করিমতা লৈত্রে হায়বসি থাজরে, অদূনা মতম কুইনা লেংত্রবা অমদি তৌশিনম্রবা মরূপ শান্নসি ।৯ ॥

* অহুনা নংনস্থ থক্ত্রবা অমৃতসি নংঙোন্দা পোইদোক্লা কান্নফম লৈত্রবদি ঐঙোন্দা পীরম্মু। মরমদি নংনা অমৃত অসিবু পীথবলুগদৌরিবা মথোযশিং অদুনা ঐখোযবু অব্বাবা তাহনগদৌরি ॥৯। গরুড়না হায়খি—করিগুম্বা মরম অমগীদমক্তা ঐনা অমৃতসি পুহুনা চৎলিবনি, অদূনা ঐ মসি নংঙোন্দা পীরম্বা ঙম্মোই ।১০॥ দেবরাজ! ঐনা অমৃতসি থম্মুবা মফম অদো অদূদগী নংনা অমুক করিগুম্বা উপায অমনা পুদূনা চৎখিনবা তৌজো, মদূদি দোষ লৈত্রে ।১১॥ ইন্দ্রনা হায়খি—উচেক নিংথৌ। হায়বিরিবদো থাজরে, অদূগা যাম্নস্থ মুংঙাইজরে অদূনা ঐঙোন্দগী ফংবিনিংবা বর অমতং হায়বিযু ॥১২॥ সৌতিনা হায়খি—ইন্দ্রনা অম্মুম হায়রবদা গরুড়না মাগী মফমদা লিলনা চৎলিবা লমচৎ, মমা বিনতাবু মীনাই ওইহনগে হায়দূনা তৌখিবা লৌনমগী থবক অসি পুমনমক নিংশিংদূনা ইন্দ্রদা হায়খি- ইন্দ্র! থবক পুমনমক ইশা ইতোমদনা পাংথোবপা ঙমগনিদি হায়ববু ঐ নংঙোন্দা বর অমা নিগে মাদূদি— কন থৌরবা লিল পুমনমকসি চিঞ্জাক ওইজগে ॥১৪॥

---

* কান্ন কান্নরমদাইদা ঐগা মরূপ শান্নসি অহুম হায়বা গরুড়গী বা তাবদা ইন্দ্রনা হায়রিবা ভাবতি অতন্না শান্নবা মরাপ্তি তৌশিন্নবনি। মাগী মাগী কান্নরমদান্নদা হায়বা মতমদা নিংশিংনবা অমদি তিন্নমিন্নবা মরূপ শান্নবা অদো তৌশিন্নবনি। মাহুমী থক্তুরবদি হুলোন্নদা লেংত্রবা অশেংবা মরূপ কনা অমতা লৈতে হায়ন্না হানি ॥

সৌতিরুবাচ।

তথেত্যুক্ত্বাঽন্বগচ্ছত্তং ততো দানবসূদনঃ। দেবদেবং মহাত্মানং যোগিনামীশ্বরং হরিম্ ॥১৫॥

স চাস্মৈ তদনুজ্ঞাৎ সর্ব্বং যথোক্তং গরুড়েন বৈ। ইদং ভূয়ো বচঃ প্রাহ ভগবাংস্ত্রিদশেশ্বরঃ ॥১৬॥

হরিষ্যামি বিনিক্ষিপ্তং সোমমিত্যনুভাষ্য তম্। আজগাম ততস্তূর্ণং সুপর্ণো মাতুরন্তিকম্ ॥১৭॥

বিনয়াবনতো ভূত্বা বচনঞ্চেদমব্রবীৎ ॥ ইদমানীতমমৃতং দেবানাং ভবনাম্ময়া।

প্রশাধি কিমিতো মাতঃ! করিষ্যামি শুভব্রতে ॥১৮॥

বিনতোবাচ।

পরিতুষ্টাঽহমনেন কর্ম্মণা তব পুত্রক।। অজরশ্চামরশ্চৈব দেবানাং সুপ্রিয়ো ভব ॥১৯॥

সৌতিরুবাচ।

অথ সর্পানুবাচেদং সর্ব্বান্ পরমহৃষ্টবৎ। ইদমানীতমমৃতং নিক্ষেপ্স্যামি কুশেষু বঃ ॥২০॥

স্নাতা মঙ্গলসংযুক্তাস্ততঃ প্রাশ্নীত পন্নগাঃ। ভবদ্ভিরিদমাসীনৈর্যদুক্তং তদ্বচস্তদা ॥২১॥

অদাসী চৈব মাতেয়মদ্যপ্রভৃতি চাস্তু মে। যথোক্তং ভবতামেতদ্বচো মে প্রতিপাদিতম্ ॥২২॥

ততঃ স্নাতুং গতাঃ সর্পাঃ প্রত্যুক্ত্বা তং তথেত্যুত। শক্রোঽপ্যমৃতমাক্ষিপ্য জগাম ত্রিদিবং পুনঃ ॥২৩॥

অথাগতাস্তমুদ্দেশং সর্পাঃ সোমার্থিনস্তদা। স্নাতাশ্চ কৃতজপ্যাশ্চ প্রহৃষ্টা কৃতমঙ্গলা ॥২৪॥

---

• সৌতিনা হায়খি— মস্ত ওইরসনু অসুম হায়রমগ্রনা ইন্দ্রনা দেবতা পূন্নমক্কী দেবতা ওইরবা, পুক্কচেল চাওরবা যোগীশ্বর শ্রীনারায়ণগী নাক্ত চৎখিদুনা গরুড়না শিলবু চিঙ্গাক ওইজগে হায়রক্কা পুম্নমক অদু তম্মুরবদা নারায়ননসু অহ য়াবিরে, মাদুদগী হল্লক্তুনা গরুড়দা পাওতমলরে ॥১৫-১৬॥ গরুড়। নংনা অমৃতসি থম্বা মফম অদুদগী ঐনা অমুক হুদুনা পুরককে, অসি হায়রমদুনা ইন্দ্রসু চৎখি, গরুড়সু থুনা য়াংনা মমাগী নাক তাম্না অমৃত পুদুনা থুংলরে ॥ ১৭ ॥ গরুড়না লাক্তুনা মমা বিনতাদা নোনলুক্না হায়খি— ইমা! ঐ দেব লোকতগী অমৃত পুজরক্রে, অদুনা হৌজিক করি অমুক তৌজো হায়বগে তাকপিরো ॥ ১৮ ॥ বিনতানা হায়খি— ইবুংঙো। নংনা তৌরিবা থবক অসিদা ইমা য়ামনা পেল্লে। অদুনা নং অজর অমর ওইসনু অদুগা দেবতা পুম্নমককী চাম্নথোইব মরূপসু ওইসনু ॥ ১৯ ॥ সৌতিনা হায়খি— অদুগী মতুংদা গরুড়না থোইদোকনা নুংঙাইখিদুনা অমৃতদু পুদুনা লিলশিংদা হায়খি— লিল পুম্নমক। য়েংঙু, অমৃতসে নংথোয়গীদমক পুরক্রবনি, কুশলিং অসিগী মথকতা থনমগেবো। লিল পুম্নমক। স্নান তৌরগা, মঙ্গল ওইবা চন্দননচিংবা থিন্দুনা অশেং অশেংনা অমৃতসি থকউ, অদুগা অমৃতসি হেক পুরকপদা নথোয়না তৌগনি হায়বা থবক অদো তৌরো। হৌজিক্তি ঐনা নথোয়না হায়বা মতুং ইম্না অমৃত পুরক্রবনিদা, নথোয়সু নথোয়না হায়খিবা মতুং ইম্না মীনাই ওইবদগী কোকহল্লো ॥ ২০-২২ ॥ মরে অহ মতাংদা অদুম হায়দুনা লিল-পুম্নমক অদু ইরুজবা চৎখ্রে, মরক অসিদা ইন্দ্রসু স্বর্গদগী থুন য়াংনা লাক্তুনা অমৃতদু পুদুনা চৎখ্রে ॥ ২৩ ॥ অহগী মতুংদা লিলশিংনা স্নান, জপ, অমদি মঙ্গলাচরণনচিংবা পুম্নমক তৌদুনা অমৃত থকউরগে হায়দুনা মথম্বাই মুংঙায়না লাক্লে ॥ ২৪ ॥

পরস্পরকৃতস্বেষোঃ সোমপ্রাশনকর্ম্মণি। অহং পূর্ব্বমহং পূর্ব্বমিত্যুক্ত্বা তে সমাদ্রবন্ ॥ ২৫ ॥

যত্র তদমৃতঞ্চাপি স্থাপিতং কুশসংস্তরে। তদ্বিজ্ঞায় হৃতং সর্পাঃ প্রতিমায়াকৃতঞ্চ তৎ।

সোমস্থানমিদঞ্চাপি দর্ভাংস্তে লিলিহুস্তদা ॥২৬॥

ততো দ্বিধা কৃতা জিহ্বাঃ সর্পাণাং তেন কর্ম্মণা। অভবংশ্চামৃতস্পর্শাদ্দর্ভাস্তেঽথ পবিত্রিণঃ ॥ ২৭ ॥

এবং তদমৃতং তেন হৃতমাহৃতমেব চ। দ্বিজিহ্বাশ্চ কৃতাঃ সর্পা গরুড়েন মহাত্মনা ॥ ২৮ ॥

ততঃ সুপর্ণঃ পরমপ্রহর্ষবান্ বিহৃত্য মাত্রা সহ তত্র কাননে।

ভুজঙ্গভক্ষঃ পরমার্চ্চিতঃ খগৈরহীনকীর্ত্তির্বিনতামনন্দয়ৎ ॥ ২৯ ॥

ইমাং কথাং যঃ শৃণুয়ান্নরঃ সদা পঠেত বা দ্বিজগণমুখ্যসংসদি।

অসংশয়ং ত্রিদিবমিয়াৎ স পুণ্যভাঙ্ মহাত্মনঃ পতগপতঃ প্রকীর্ত্তনাৎ ॥৩০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

আস্তীকে সৌপর্ণে উনত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥৩॥



লাক্র লাক্রা অমৃত য়েন্নবগী মরমদা অমগা অমগা নীংঙাই তৌনদুনা অমদি শাউনদুনা ঐনা হান্না থক্কনি, ঐনা হান্না থক্কনি, অস্নুম হায়র হায়রদুনা অমৃত লৈফম তান্না লাক্লরে ॥ ২৫ ॥ গরুড়না কুশশিং অস্থগী মথক্তা অমৃত শোয়দনা থমখিবনি, মফম অত্তুদগী কনাগুম্বনা অমৃতস্থ লোম্না পুথ্রবোরে হায়বসি খংলম্নুনা। অমৃত থনম্বা মফম অদু অসিনি অসিনি অস্নুম হায়দুনা কুশগী থোববা মত্তোনশিং অদু লেকপা হোবক্লে ॥ ২৬ ॥ লেকপা মতমদা থোরবা লিলশিংগী মবৈশিং অদু অনি অনি থোকনা লেম্বুংখরে, তদুগা অমৃতনা পকলস্নদগী কুশশিং অদু থম্বাইগী অশেংবা নাপী ওইখিদুনা কুশবু হৌজিক ফাওবা 'পবিত্র' হায়না খংনখরে ॥ ২৭ ॥ শ্রবচেল চাউরবা গরুড়না মতৌ অস্নুমনা স্বর্গদগী অমৃত পুরক্লুনা, ইন্দ্রনা অদুবু অমুক লৌখিবা অসিনা লিলশিংনা মরৈ অনি থোকনা পানখিবগী অথোইবা মওম ওইখি ॥ ২৮ ॥ অদুগী মতুংদা গরুড়ম্ন থোইদোকনা নুংঙাইবগা লোয়ননা মীনাই ওইবা কোক্লবী মমা বিনতাগা লোয়ননা চুংঙাইনা বন অদুদা মতম লেনখি। লিলনা মহাককী চিঙ্গাক ওইখি, সংসারগী লিল পুমনমকনা ইকায় খুমনখি, অদুগা স্বর্গগী দেবতা পুমনমকপু ওর্মখিবগীদমক গরুড়গী মিংচৎনা মায়কৈ মরিমক্তা শন্দোকখি ॥ ২৯ ॥ অত্তুগুম্বা মী মহাক অদুনা ব্রাহ্মণ অসিবু তাজরবা মত্রগা গরুড়গী মিংচৎনা থম্নবা মতাং অসিবু ব্রাহ্মণগী সভা 'মমাংদা পাঠ তৌজববা অদু ওইরবদি মহাক অদু পুণ্য চেনবা ওইদুনা স্বর্গ শোয়দনা থংই ॥ ৩০ ॥

'মতাং অসিদা 'শ্রীমহাভারতকী শ্লোক লিলিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদি-পর্ব্বদা 'আস্তীককী 'সৌপর্ণ কৌবা মতাংদা কুনমাপল গুবা অধ্যায় লোইরে ॥

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব — আস্তীকে সর্পনাম কথনং

### ( কুনথরা শুবা অধ্যায় )

—(*)—

শৌনক উবাচ।

ভুজঙ্গমানাং শাপস্থ মাত্রা চৈব সুতেন চ। বিনতায়াস্বয়া প্রোক্তং কারণং সূতনন্দন! ॥১॥

বরপ্রদানং ভর্ত্রা চ কদ্রুবিনতয়োস্তথা। নামনী চৈব তে প্রোক্তে পক্ষিণোর্বৈনতেয়য়োঃ ॥২॥

পন্নগানান্ত নামানি ন কীর্ত্তয়সি সূতজ!। প্রাধান্তেনাপি নামানি শ্রোতুমিচ্ছামহে বয়ম্ ॥৩॥

সৌতিরুবাচ।

বহুত্বান্নামধেয়ানি পন্নগানাং তপোধন!। ন কীর্ত্তয়িষ্যে সর্ব্বষাং প্রাধান্যেন তু মে শৃণু ॥৪॥

শেষঃ প্রথমতো জাতো বাসুকিস্তদনন্তরম্। ঐরাবতস্তক্ষকশ্চ কর্কোটকধনঞ্জয়ৌ ॥৫॥

কালিয়ো মণিনাগশ্চ নাগশ্চাপূরণস্তথা। নাগস্তথা পিঞ্জরক এলাপত্রোঽথ বামনঃ ॥৬॥

নীলানীলৌ তথা নাগৌ কল্মাষশবলৌ তথা। আর্য্যকশ্চোগ্রকশ্চৈব নাগঃ কলশপোতকঃ ॥৭॥

সুমনাখ্যো দধিমুখস্তথা বিমলা পিণ্ডকঃ। আপ্তঃ কার্কোটকশ্চৈব শঙ্খো বালিশিখস্তথা ॥৮॥

---

শৌনকনা হায়খি— হে সৌতি। লিলশিংদা কদ্রুনা শাপ তৌখ্রে হায়বগী মবমস্থ নংনা লীখ্রে, অছুগা মমা বিনতাদা অরুননস্ন শাপ তৌবনচিংবা পুন্নমক লীবিখ্রবনি ॥১॥ মহর্ষি কশ্যপনস্থ কদ্রু অমদি বিনতাদা বব পীখিবা অতুগা বিনতাগী মচা উচেক অনিগী মমিংস্থ নংনা হায়বিরে। ২॥ অতুমদি ওইরবদা সৌতি! লিলশিং অছগী মমিংদি অমত্তস্থ হায়বিদ্রি অছুনা মকোক মকোক ওইবা লিলশিংগী মমিং খরদংদি ঐগোয়না তাজনিংই ॥৩॥ সৌতিনা হায়খি— মহর্ষি শৌনক! লিলশিংনা মশিং য়াম্মনখিবনা পুন্নমক্কী মমিংদি হায়বা ঙম্মোই, মকোক মকোক ওইবা খরগী মমিংদি হায়গে তাবিয়ু ॥৪॥ ইহান হানবদা শেষনাগ পোকই, অতুগী মতুংদা বাসুকি, অতুগী মতুংদা ঐরাবত, তক্ষক, কর্কোটক, ধনঞ্জয়, কালিয, মণিনাগ, আপূরন, পিঞ্জরক, এলাপত্র, বামন, নীল, অনীল, কল্মাষ, শবল, আর্য্যক, উগ্রজ, কলশপোতক, সুমনা, দধিমুখ, বিমলপিণ্ডক, আপ্ত, কর্কোটক, শঙ্খ, বালিশিখ, নিষ্ঠানক, হেমগুহ, নহুষ, পিঙ্গল, বাহ্যকর্ণ, হস্তিপদ, মুদগরপিণ্ডক, কম্বল, অশ্বতর, আলীয়ক, বৃত্ত, সম্বর্ত্তক, পদ্ম হায়না ফাউখ্রবা লিল অনি, শঙ্খমুখ, কুষ্মাণ্ডক, ক্ষেমক, পিণ্ডারক, করবীর, পুষ্পদংষ্ট্র, বিল্বক, বিল্বপাণ্ডুর, মুষকাদ, শঙ্খশিরা, পূর্ণভদ্র, হরিদ্রক, অপরাজিত, জ্যোতিক,

নিষ্টানকো হেমগুহো নহুষঃ পিঙ্গলস্তথা। বাহ্যকর্ণো হস্তিপাদস্তথা মুদ্গরপিণ্ডকঃ ॥৯॥
কম্বলাশ্বতরৌ চাপি নাগঃ কালীয়কস্তথা। বৃত্তসম্বর্ত্তকৌ নাগৌ দ্বৌ চ পদ্মাবিতি শ্রুতৌ ॥১০॥
নাগঃ শঙ্খমুখশ্চৈব তথা কুষ্মাণ্ডকোঽপরঃ। ক্ষেমকশ্চ তথা নাগো নাগঃ পিণ্ডারকস্তথা ॥১১॥
করবীরঃ পুষ্পদংষ্ট্রো বিল্বকো বিল্বপাণ্ডুরঃ। মূষকাদঃ শঙ্খশিরাঃ পূর্ণভদ্রো হরিদ্রকঃ ॥১২॥
অপরাজিতো জ্যোতিকশ্চ পন্নগঃ শ্রীবহস্তথা। কৌরব্যো ধৃতরাষ্ট্রশ্চ শঙ্খপিণ্ডশ্চ বীর্য্যবান্ ॥১৩॥
বিরজাশ্চ সুবাহুশ্চ শালিপিণ্ডশ্চ বীর্য্যবান্। হস্তিপিণ্ডঃ পিঠরকঃ সুমুখঃ কৌণপাশনঃ ॥১৪॥
কুঠরঃ কুঞ্জরশ্চৈব তথা নাগঃ প্রভাকরঃ কুমুদঃ কুমুদাক্ষশ্চ তিত্তিরির্হলিকস্তথা ॥১৫॥
কর্দ্দমশ্চ মহানাগো নাগশ্চ বহুমূলকঃ। কর্করাকর্করৌ নাগৌ কুণ্ডোদরমহোদরৌ ॥১৬॥
এতে প্রাধান্যতো নাগাঃ কীর্ত্তিতা দ্বিজসত্তম! বহুত্বান্নামধেয়ানামিতরে নানুকীর্ত্তিতাঃ ॥১৭॥
এতেষাং প্রসবো যশ্চ প্রসবস্য চ সন্ততিঃ। অসংখ্যেয়েতি মত্বা তান্ ন ব্রবীমি তপোধন! ॥১৮॥
বহূনীহ সহস্রাণি প্রযুতান্যর্বুদানি চ। অশক্যান্যেব সংখ্যাতুং পন্নগানাং তপোধন! ॥১৯॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
আস্তীকে সর্পনামকথনং নাম ত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

—:*:—

শ্রীবহ, কৌরব্য, ধৃতরাষ্ট্র, শঙ্খপিণ্ড, বিরজার, সুবাহু, শালিপিণ্ড, হস্তিপিণ্ড, পিঠরক, সুমুখ, কৌণপাশন, কুঠর, কুঞ্জর, প্রভাকর, কুমুদ, কুমুদাক্ষ, তিত্তিরি, হলিক, কর্দ্দম, বহুমূলক, কর্কর, অকর্কর, কুণ্ডোদর অমসুং মহোদর অসিনচিংবা মখোয়শিং অসিনি ॥১৫—১৬॥ হে ব্রাহ্মণ অথোইবা শৌনক! অথোই অথোইবা লিলশিংগী মমিংশিং হায়রবনি, অদুগা অয়াম্বগীদি ঐনা হায়দ্রবনি ॥১৭॥ মখোয়শিং অসিগী মচাশিং অদুগী মচাশিংগী মচাশিং অমসুং পুম্নমক অসি থিবা ওইথোক্তবনি, অদুনা মখোয়গী মমিং ঐনা হায়দ্রবনি ॥১৮॥ মহর্ষি শৌনক! মখোয় অসি নত্তবা লিশিং লিশিং অযুত, অযুত, অর্ব্বুদ-অর্ব্বুদ, লৈথ্রি, মখোয়গী মমিং হায়বা, মশিং লোয়না থিবা কনাগী মতিক লৈত্তে ॥১৯॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারতত্তা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদিপর্ব্বদা আস্তীককী মতাংদা সর্পনামকথন কৌবা কুম্থ্রাশুবা অধ্যায় লোইরে।

—:*:—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব—আস্তীকে শেষবৃত্তান্তকথন

(কুম্ছ মাথোই শুবা অধ্যায়)

—:*:—

শৌনক উবাচ।

আখ্যাতা ভুজগাস্তাত! বীর্য্যবন্তো দুরাসদাঃ। শাপং তং তেঽভিবিজ্ঞায় কৃতবন্তঃ কিমুত্তরম্ ॥১॥

সৌতিরুবাচ।

তেষান্তু ভগবাঞ্ছেষঃ কদ্রু ত্যক্ত্বা মহাযশাঃ। উগ্রং তপঃ সমাতস্থে বায়ুভক্ষো যতব্রতঃ ॥২॥

গন্ধমাদনমাসাদ্য বদর্য্যাঞ্চ তপোরতঃ। গোকর্ণে পুষ্করারণ্যে তথা হিমবতস্তটে ॥৩॥

তেষু তেষু চ পুণ্যেষু তীর্থেষ্বায়তনেষু চ। একান্তশীলো নিয়তঃ সততং বিজিতেন্দ্রিয়ঃ ॥৪॥

তপ্যমানং তপো ঘোরং তং দদর্শ পিতামহঃ। সংশুষ্কমাংসত্বক্স্নায়ুং জটাচীরধরং মুনিম্ ॥৫॥

তমব্রবীৎ সত্যধৃতিং তপ্যমানং পিতামহঃ। কিমিদং কুরুষে শেষ! প্রজানাং স্বস্তি বৈ কুরু ॥৬॥

ত্বং হি তীব্রেণ তপসা প্রজাস্তাপয়সেঽনঘ! ব্রূহি কামঞ্চ মে শেষ! যস্তে হৃদি ব্যবস্থিতঃ ॥৭॥

---

শৌনকনা হায়খি— ইবুংঙো সৌতি! লাকঙম ফাঙমদ্রবা কন থৌরবা অথোই অথোইবা চিক খিবিক্কি মঙ্গিং নংনা তাহল্লে, অদুবু মমাগী শাপ ফংলবা লিলশিং অদুনা করি করি তৌখ্রবগে অদু তাইহল্লু ॥১॥ সৌতিনা হায়খি— লিলশিং অদুগী মনুংদা খরাইদগী মতিক মগুণ চাউরবা শেষ নাগ হায়বা অমনা মমা কদ্রুবু থাদোক্তুনা নুংশিত্তা চাদনা করিমতা চাদনা অকনবা ব্রত তৌদুনা অকিবগী মশক ফংনা তপস্যা তৌখি ॥২॥ গন্ধমাদন কৌবা চীংদা, বদরিকাশ্রমদা, গোকর্ণ কৌবা তীর্থদা, পুষ্কর কৌবা বনদা, অমদি হিমালয় চীংথোংদা, চৎলে চৎলদুনা ধ্যান তৌখি ॥৩॥ অশেং অশেংবা তীর্থদা, অমদি অচৌ অচৌবা ক্ষেত্রদা চৎ চত্তুনা তপস্যা তৌবা মতমদা শেষনাগনা পুক্নিং অনি লোংদবা ব্রত উপাসনাদা পুক্নিং চংবা অমদি মপুং ফানা ইন্দ্রিয় থুদুম চনবা হায়রক্তু ওইখি ॥৪॥ নোংমা ব্রহ্মানা লাকপদা করি উখিবগে হায়ববু শেষনাগ অসি অকিবা ফংনা অকনবা তপস্যা তৌদুনা লৈরি, মহাক্কী মশাক্তুগী মতোং উনশা শিংলি নাওরি লোয়না কংখ্রে, মকোক্তুদা জটা, মখবাংদা কৌপীন, অমুক করি হায়রুনি থাংগৈশেংবা মায়কৈনা ফিশেৎনবা পরমহংস যোগী হায়রক্তু ওইখ্রে ॥৫॥

চীংলেঙ্গা ভন্না অহানবা লৈরিবা অমদি তপস্যাদা মপুং ফানা পুক্নিং চংনা লৈরিবা শেষনাগদা

শেষ উবাচ।

সোদর্য্যা মম সর্বে হি ভ্রাতরো মন্দচেতসঃ। সহ তৈর্নোৎসহে বস্তুং তদ্ভবাননুমন্যতাম্ ॥৮॥

অভ্যসূয়ন্তি সততং পরস্পরমমিত্রবৎ। ততোঽহং তপ আতিষ্ঠং নৈতান্ পশ্যেয়মিত্যুত ॥৯॥

ন মর্ষয়ন্তি সস্তুতাং সততং বিনতাঞ্চ তে। অস্মাকঞ্চাপরো ভ্রাতা বৈনতেয়োঽন্তরিক্ষগঃ ॥১০॥

তঞ্চ দ্বিষন্তি সততং স চাপি বলবত্তরঃ। বরপ্রদানাৎ স পিতুঃ কশ্যপস্য মহাত্মনঃ ॥১১॥

সোঽহং তপঃ সমাস্থায় মোক্ষ্যামীদং কলেবরম্। কথং মে প্রেত্যভাবেঽপি ন তৈঃ স্যাৎ সহ সঙ্গমঃ ॥১২॥

তমেবংবাদিনং শেষং পিতামহ উবাচ হ। জানামি শেষ! সর্ব্বেষাং ভ্রাতৃণাং তে বিচেষ্টিতম্ ॥১৩॥

মাতুশ্চাপ্যপরাধাদ্বৈ ভ্রাতৃণাং তে মহদ্ভয়ম্। কৃতোঽত্র পরিহারশ্চ পূর্ব্বমেব ভুজঙ্গম! ॥১৪॥

ভ্রাতৃণাং তব সর্ব্বেষাং ন শোকং কর্ত্তুমর্হসি। বৃণীষ চ বরং মত্তঃ শেষ! যত্তেঽভিকাঙ্ক্ষিতম্ ॥১৫॥

দাস্যামি হি বরং তেঽদ্য প্রীতির্মে পরমা ত্বয়ি। দিষ্ট্যা বুদ্ধিশ্চ তে ধর্ম্মে নিবিষ্টা পন্নগোত্তম!।

ভূয়ো ভূয়শ্চ তে বুদ্ধির্ধর্ম্মে ভবতু সুস্থিরা ॥১৭॥

---

ব্রহ্মানা হায়খি— শেষনাগ! নংনা তৌরিবসি করিনো? লোককী কাননবা তৌ। হে পাপ য়াওব্রবা! কল্লবা তপস্যা তৌদ্রনা লোক পুমনমকপু নংনা লাংতক্লবা অব্বাবা পীরি। মরম অদুনা তপস্যাসি তোকলো নংনা অপাম্বা অদু ঐডোন্দা হায়য়ু ॥৬—৭॥ শেষনাগনা খুমখি— ঐগা পোকমিন্নবা ইচিল ইনাওশিং অসি লোযনা মপুক্লিং মাংলে। মরম অদুনা ঐ মখোয়গা তিন্নবা লৈমিন্নদরে; ঐনা তৌরিবা থবক অসি যাবিয়ু ॥৮॥ ঐগী ইচিল ইনাওশিং অসি অমনা অমগী য়েক্লবগুমনা অমগা অমগা যেংথিনরে, অমনা অমগী মাংনবা তৌনরে, মরম অদুনা মখোয়গী মশক ফাউবা য়েংজররোই হায়দুনা তপস্যা তৌরিবসিনি ॥৯॥ থোইদোকনা হায়রবদা, মখোয়না ইমা লোয়বী বিনতাগা অমদি মাগী মাগী মচাগা তিন্নবা লৈমিন্নবসি পামদ্রে, ইমা বিনতানা পোকপা মতিক মগুণ চাউরবা ইনাও উচেক অমা লৈরি ॥১০॥ ঐগী পোকমিন্নবা ইচিল ইনাও লিলশিং অসিনা মতমলৈবাখিবিক্তা ইমা লোয়বীগী মচা অসিগা ইতত্তুনা খৎনদ্রনা লৈরি। অদুগা ইপা কশ্যপ প্রজাপতিগী বরদগী ইমা লোয়বীগী ইনাও অসিনা খয়াইদগী হেন্না কল্লী ॥১১॥ ইচিল ইনাওশিং অসিগা ঐগা হয়েংমুক্তী মপোক ফাউবা তিন্নজদবা অসিদা খন্দুনা তপস্যাদনা হকচাং অসি কংশিনখিদ্রনা মাংখ্রসনু হায়দুনা ঐনা তপস্যা তৌরিবনি॥ ১২ ॥ অনন্ত শেষনাগগী ৱা অসি তাবদা ব্রহ্মানা হায়খি— অনন্ত! চুমই, নংনা হায়রিবা পুমনমক অসি নংনা পুরিবা ভার ময়াম অসিদু ঐ খংই ॥১৩॥ লাক্লুরে হায়দুনা নমাগী মকমদগী নচিল ননাও পুমনমকনা কিরিবা অসিদু ঐ খংই। অদুনা অনন্ত! মসি পুমনমক অসিগী কোক্লনবা নখোয়গীদমক্তা প্রতিকার অমা ঐনা মমাংদৈদগী খন্দুনা থম্লবনি ॥১৪॥ অদুনা নচিল ননাওশিংগী মমক্তা ৱাক্লগনু। অনন্ত! নংনা অপাম্বদো ঐডোন্দা হায়য়ু পীগে ॥১৫॥ ঙসি ঐ নংডোন্দা বর অমা পীগে; মরমদি, নংনা তৌরিবা থবক অসিদা ঐ পেল্লে, নংবু য়ামনা নুংশিরে। হে লিল অথোইবা! মরাইবক ফবনা নংগী বুদ্ধিনা ধর্ম্মগী লম্বী চংখিবনি; মতৌ অমুমনা নংগী বুদ্ধি অসি ধর্ম্মগী মায়কৈদা চংশিন্দুনা অমুক লৈয়ে ॥১৬॥

শেষ উবাচ।

এষ এব বরো দেব! কাঙ্ক্ষিতো মে পিতামহ!। ধর্ম্মে মে রমতাং বুদ্ধিঃ শমে তপসি চেশ্বর।।১৭।।

ব্রহ্মোবাচ।

প্রীতোঽস্ম্যনেন তে শেষ! দমেন চ শমেন চ। ত্বয়া ত্বিদং বচঃ কার্য্যং মন্নিয়োগাৎ প্রজাহিতম্।।১৮।।

ইমাং মহীং শৈলবনোপপন্নাং সসাগরগ্রামবিহারপত্তনাম্।

ত্বং শেষ! সম্যক্ চলিতাং যথাবৎ সংগৃহ্য তিষ্ঠস্ব যথাঽচলা স্যাৎ।।১৯।।

শেষ উবাচ।

যথাহ দেবো বরদঃ প্রজাপতির্মহীপতির্ভূতপতির্জগৎপতিঃ।

তথা মহীং ধারয়িতাস্মি নিশ্চলাং প্রযচ্ছতাং মে বিবরং প্রজাপতে।।২০।।

ব্রহ্মোবাচ।

অধো মহীং গচ্ছ ভুজঙ্গমোত্তম! স্বয়ং তবৈষা বিবরং প্রদাস্যতি।

ইমাং ধরাং ধারয়তা ত্বয়া হি মে মহৎ প্রিয়ং শেষ! কৃতং ভবিষ্যতি।।২১।।

সৌতিরুবাচ।

তথৈব কৃত্বা বিবরং প্রবিশ্য স প্রভুর্ভুবো ভুজগবরাগ্রজঃ স্থিতঃ।

বিভর্ত্তি দেবীং শিরসা মহীমিমাং সমুদ্রনেমিং পরিগৃহ্য সর্ব্বতঃ।।২২।।

---

অনন্ত নাগনা হায়খি— হে পিতামহ! তাবপিরিবা অসিমক ইশামবনা বর ওইনা নিজখি-বনি, ঐনা হৌজিকসু হায়জরিবা হাযববু—হে ঈশ্বর! মতমলৈবা খিবিক্তা ঐগী বুদ্ধি অসি ধর্ম্মদা, শান্তিদা, অমদি তপস্যাদা চংদ্নতা লৈহনবিয়ু ।। ১৭ ।। ব্রহ্মানা হায়খি— হে অনন্ত! নংনা মঙ্গুংগী মপানগী ইন্দ্রিয় পুমনমক জয় তৌবা অসিদা ঐ য়ামনা পেল্লে, মরম অদুনা মী থবাই পুমনমককী মঙ্গল ওইনবগীদমক্তা ঐনা হায়বা থবক অমতা নং তৌ ।।১৮।। চীংমান, বন, সমুদ্র, গ্রাম, নগর, অমদি বৌদ্ধমন্দিরনচিংবনা থল্লবী পৃথিবী অসে হৃজিক মুংশিংনা লুমথরকপনা থক থক লীকতুনা লৈরে, অনন্ত! নংনা মসিবু নিয়ম কায়দনা পুদুনা লৈয়ু, অদুতদা পৃথিবী অসিনা লেংদনা তপথনা লৈবা হায়বদু ওইগনি ।।১৯।। অনন্ত নাগনা হায়খি— হে পিতামহ! মহাক্তি, দেবতানি, বর পীনহৈবনি, প্রজাপতিনি, পৃথিবীগী পতিনি, অমুক করি হায়রুনি জগৎ পুমনমককী মপুম্ন নংনি; অদুনা পিতামহনা তাকপিবা মতুং ইন্না পৃথিবী অসিবু লেংদনা পুবা হায়বা অদুমু তৌজগে; অদুমনদি ওইরবদা হে প্রজাপতি! পৃথিবীগী লৈমুংথা চংশিনখিবা য়ানবা লৈখুল অমতদি পিনবিয়ু ।।২০।। ব্রহ্মানা হায়খি— হে লিল অথোইবা! পৃথিবীগী লৈখাগা চংথিনবা নং থৌয়াং তৌরো, পৃথিবীনা মরাইনা লৈখুল অদু পিজগনি। অনন্ত! নংনা পৃথিবীমু পুদুনা লৈরবদি ঐগী থোইদোকনা কান্নরবা অমদি পামজরবা থবক অমা ওইগনি ।।২১।। সৌতিনা হায়খি— মতৌ অদুমনা লিল্ল পুমনমককী অথোইবা মতিক মগুণ চাউরবা অনন্ত শেষ নাগনা ব্রহ্মাগী য়াথং মতুং ইন্না পৃথিবীনা পিজরুপা লৈখুলগী মনীদা চংশিনখিদুনা, পাতাজালা

ব্রহ্মোবাচ।

শেষোঽসি নাগোত্তম ! ধর্ম্মদেবো মহীমিমাং ধারয়সে যদেকঃ।

অনন্তভোগৈঃ পরিগৃহ্য সর্ব্বান্ যথাহমেবং বলভিদ্যথা বা ॥২৩॥

অধোভূমৌ বসত্যেবং নাগোঽনন্তঃ প্রতাপবান্। ধারয়ন্ বসুধামেকঃ শাসনাদ্ব্রহ্মণো বিভুঃ ॥ ২৪ ॥

সুপর্ণঞ্চ সহায়ং বৈ ভগবানমরোত্তমঃ। প্রাদাদনন্তায় তদা বৈনতেয়ং পিতামহঃ ॥২৫॥

অনন্তেঽভিপ্রয়াতে তু বাসুকিঃ স মহাবলঃ। অভ্যষিচ্যত নাগেন্দ্র দৈবতৈরিব বাসবঃ ॥২৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

আস্তীকে শেষবৃত্তান্তকথনং নাম একত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥৩১॥

——:(*):——

---

লৈখিহনা মতোক্তনা সমুদ্রনা ইকোয় কোয়শিল্লবা পৃথিবীবু পুবা হৌথি ॥২২॥ ব্রহ্মানা হায়খি—হে লিল অথোইবা ! ঐনা অমদি ইন্দ্রনা তৌরিবা থবক অসিগুম্না নহাকসু মশিং লাকওমদ্রবা নতোক্তনা পৃথিবীগী মথাথংবা শকক পুন্নমকপু থোংগক্তনা নথন্তনা পৃথিবী অসিবু প্যরি, অহনসি নং অসি ধর্ম্মদেব হায়বা অত্তুমক ওইরে॥২৩॥ সৌতিনা হায়খি—মতৌ অসুম্না থোইদোক্লা মথৌনা লৈরবা মপাঙ্গল কল্লবা অনন্ত নাগনা মথন্তনা ব্রহ্মাগী য়াথংদগী পৃথিবীবু পুত্নুনা পাতালদা লৈখে॥২৪॥ অদুগী মতুংদা লাইযাম খিবিক্কী অথোইবা ভগবান্ ব্রহ্মানা বিনতাগী মচানিপা গরুড়বু অনন্তগী মতেং পাংননবা থৌদা পিখে॥২৫॥ অনন্তনা পাতালদা চংখ্রবা মতুংদা দেবতাশিংনা অহানবদা নিংথৌ হাপখিবা মতৌ অদুগুম্না পাতালদা লৈরিবা লিল পুন্নমক্লা বাসুকিবু লিল পুন্নমক্কী নিংথৌ হাপখ্রে ॥২৬॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারততা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদিপর্ব্বদা

আস্তীকক্কী মতাংদা শেষবৃত্তান্তকথন কৌবা কুন্থ্রামাথোইশুবা অধ্যায় লোইরে॥

——:(*):——

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব—আস্তীকে নাগমন্ত্রনা

( কুম্থ্রানিথোইশুবা অধ্যায় )

—(*)—

সৌতিরুবাচ।

মাতুঃ সকাশাত্তং শাপং শ্রুত্বা বৈ পন্নগোত্তমঃ। বাসুকিশ্চিন্তয়ামাস শাপোঽয়ং ন ভবেৎ কথম্॥ ১॥

ততঃ স মন্ত্রয়ামাস ভ্রাতৃভিঃ সহ সর্ব্বশঃ। ঐরাবতপ্রভৃতিভিঃ সর্ব্বৈর্ধর্ম্মপরায়ণৈঃ॥ ২॥

বাসুকিরুবাচ।

অয়ং শাপো যথোদ্দিষ্টো বিদিতং বস্তথানঘাঃ।। তস্য শাপস্য মোক্ষার্থং মন্ত্রয়িত্বা যতামহে॥ ৩॥

সর্ব্বেষামেব শাপানাং প্রতিঘাতো হি বিদ্যতে। ন তু মাত্রাভিশপ্তানাং মোক্ষঃ ক্বচন বিদ্যতে॥৪॥

অব্যয়স্যাপ্রমেয়স্য সত্যস্য চ তথাগ্রতঃ। শপ্তা ইত্যেব মে শ্রুত্বা জায়তে হৃদি বেপথুঃ॥৫॥

নূনং সর্ব্ববিনাশোঽয়মস্মাকং সমুপাগতঃ। ন হ্যেতাং সোঽব্যয়ো দেবঃ শপন্তীং প্রত্যষেধয়ৎ॥৬॥

---

সৌতিনা হায়খি— লিল পুমনমক মমা কদ্রুগী মফমদগী শাপ ফংগ্রে হায়বসি তাবদা বাসুকিনা থোইদোক্না চিন্তা তৌখি, করম তৌরে হায়রগা শাপ অসিদগী কোকপা য়াগদগে হায়বা অসিদা থন্দুনা লৈখ্রে। অতুগী মতুংদা ঐরাবতনচিংবা মনাওশিং কৌশিন্দুবা ৱা তান্নখি॥১—২॥ বাসুকিনা হায়খি—ধর্ম্মচেন্নবা ইচিল ইনাও পুমনমক! ইমা কদ্রুনা শাপ তৌখি হায়বসি মরাম পুমনমক্না খংবিরিবা অসি মভায়। মরম অতুনা ঐখোয় পুমনমক তিন্নহনা ইমাগী শাপতগী কোক্লনবা তান্নশি অমদি অমগী মতুংইন্না থবক তৌসি হায়বগীদমক ময়ামবু কৌজরিবনি॥৩॥ শাপ পুমনমকী কোক্লবা উপায় লৈ, অদুগা ইমানা সুংভায়খিদবা, ইমানা তৌখিবা শাপতগীদি কোক্লবা উপায় অমা লৈত্রে। ৪॥ অমাং অতা লৈত্রবা, মহাকী শক্তিনা কদায় ফাউবা কল্লিবা হায়ফম খংদ্রবা অমদি অচুম্বগী মশক ওইরবা ব্রহ্মা মহাকমক্কী মমাংদা ইমানা ঐখোয় পুমনমক্কী মফমদা শাপ তৌখি হায়বসি তাবদা মিপায়বনা ঐগী থমোই অসিদা তপথবা লৈত্রে, অমদি কিবনা মিহুল তত্না চোংলি॥৫॥ শোয়দনা ঐখোয় পুমনমক্কী সর্বনাশ হায়বদো থোক্লরগদৌবনি। করি মরমনা হায়বদা ইমানা ঐখোয়বু

তস্মাৎ সংমন্ত্রয়াম্যোঽদ্য ভুজগানামনাময়ম্। যথা ভবেদ্ধি সর্ব্বেষাং মা নঃ কালোঽত্যগাদয়ম্ ॥৭॥
সর্ব্ব এব হি নস্তাবদ্বুদ্ধিমন্তো বিচক্ষণাঃ। অপি মন্ত্রয়মাণা হি হেতুং পশ্যাম মোক্ষণে।
যথা নষ্টং পুরা দেবা গূঢ়মগ্নিং গুহাগতম্॥ ৮ ॥
যথা স যজ্ঞো ন ভবেদ্ যথা বাপি পরাভবঃ। জনমেজয়স্য সর্পাণাং বিনাশকরণায় বৈ ॥৯॥

সৌতিরুবাচ।

তথেত্যুক্ত্বা ততঃ সর্ব্বে কাদ্রবেয়াঃ সমাগতাঃ। সময়ং চক্রিরে তত্র মন্ত্রবুদ্ধিবিশারদাঃ ॥১০॥
একে তত্রাব্রুবন্নাগা বয়ং ভূত্বা দ্বিজর্ষভাঃ। জনমেজয়ন্তু ভিক্ষামো যজ্ঞস্তে ন ভবেদিতি ॥১১॥
অপরে ত্বব্রুবন্নাগাস্তত্র পণ্ডিতমানিনঃ। মন্ত্রিণোঽস্য বয়ং সর্বে ভবিষ্যামঃ সুসম্মতাঃ ॥১২॥
স নঃ প্রক্ষ্যতি সর্ব্বেষু কার্য্যেষ্বর্থবিনিশ্চয়ম্। তত্র বুদ্ধিং প্রদাস্যামো যথা যজ্ঞো নির্ব্বৎস্যতি ॥১৩॥
স নো বহুমতান্ রাজা বুদ্ধ্যা বুদ্ধিমতাং বরঃ। যজ্ঞার্থং প্রক্ষ্যতি ব্যক্তং নেতি বক্ষ্যামহে বয়ম্ ॥১৪॥
দর্শয়ন্তো বহূন্ দোষান্ প্রেত্য চেহ চ দারুণান্। হেতুভিঃ কারণৈশ্চৈব যথা যজ্ঞো ভবেন্ন সঃ ॥১৫॥

---

শাপ তৌখিবা মতমদা ব্রহ্মামক তানা তানা ইমাবু খামখিদে ॥৬॥ মরম অতুনা লিল ঐখোয় পুমনমক্কী অব্বাবা অসিনা থোকত্রিঙেদা ঙসিমক খন্নহৌরসি, খন্নবা মতম লৈত্রে, মতম খর লৈরিবৈ অসিদা খন্নরসি। ঐখোযগী মরক্তা অয়াম্বা বুদ্ধি লৈরবা হৈ শিংলবা ডাক্তনি; অদুগা মমাংঙৈদা ঐখোয়না তাববু অগ্নিনা শাউহনা অন্তর্দ্ধ্যান ওইখ্রবদা দেবতাশিংনা ব্বা তান্নদুনা মন্ত্রতনা অগ্নিবু অশাউবা কোকহন্দুনা অমুক থোরকহনখি হায়; ঐখোয়স্থু মন্ত্রনা অদু তৌরগা শাপ অসি কোক্লনবা উপায অমা ফংবস্থু য়াই ॥৭—৮॥ লিল পুন্নমকপু মাংহন্নবা জনমেজয়না তৌগে নিংলিবা যজ্ঞ অসে তৌদনবা নত্রগা তৌবনা হানখ্রবস্থু ঐখোয়গী অব্বাবা বিপদ অসি কোক্লনবা উপায় অমতদি তান্নহৌসি। ৯॥ সৌতিনা হাযখি—'য়ামনা ফরে' অস্থম হায়না ময়ামনা খোল্লাও অমতা ওইনা লাউমিন্নরগা মত্তুগী সুমিত্তা সভা অহুদা উপস্থিত ওইররিবা লিল পুমনমক্কা ব্বাশকপগা লোয়ননা ব্বারেপ তানখি ॥১০॥ লিলশিং অদু দল অনিথোকখ্রে। দল অমনা হায়খি - ঐখোয পুমনমক ব্রাহ্মণ শাদুনা নিংথৌ জনমেজয়গী মফমদা যজ্ঞসি তৌবিগু অস্থম হায়না হায়জরুসি। অতোপ্পা হৈশিংলবনি হায়না নাপল তৌরবা দল অমনা হায়রি - ঐখোয় পুমনমক জনমেজয়গী থবক পূম্বদ মানা য়ারবা মন্ত্রী মণ্ডলী হেক্তা ওইরুরগা লোয়রে ॥১১—১২॥ নিংথৌ অদুনা চিংন চিংনরকপা মতমদা মন্ত্রীনিনা ঐখোয়দা তানরকনি, তৌগদৌবা পুমনমক ঐখোয়দা হংলক্কনি, মতম অহুদা ঐখোয়না খন্নগদৌবা মথৈ খন্নরগা ব্বারেপ তারকপা মতমদা যজ্ঞ তৌদনদা লেপ্পরগা লোয়রে ॥১৩॥ ঐখোয় পুমনমক জনমেজয়গী চান্নরবা ব্বা তান্নরফম ওইরুপনি, য়ামনা ইকায়খুমনবা মনা মথুমস্থু ফংলুগনি, মতম অহুদা শিংলবা জনমেজয়না যজ্ঞসি তৌনিরা তৌরশিরা হায়দুনা ঐখোয়দা ব্বা হংলকথিনি। মতুদা ঐখোয়না খুমগদৌববু "মহারাজ! যজ্ঞ তৌবা য়ারে" অসিত্তনি ॥১৪॥ য়ারিবমথৈ যজ্ঞ অসি তৌদনবা যুক্তি প্রমাণ অমদি খুদম শিত্তুনা থিজিনী, যজ্ঞ অসি তৌরবদি ইহলোক পরলোক অনিদা য়ামনা অমাংবা ওইগনি অদুম

অথবা য উপাধ্যায়ঃ ক্রতোস্তস্য ভবিষ্যতি। সর্পসত্রবিধানজ্ঞো রাজকার্য্যহিতে রতঃ ॥১৬॥

তং গত্বা দশতাং কশ্চিদ্ভুজগঃ স মরিষ্যতি। তস্মিন্ মৃতে যজ্ঞকারে ক্রতুঃ স ন ভবিষ্যতি ॥১৭॥

যে চান্যে সর্পসত্রজ্ঞা ভবিষ্যন্ত্যস্য চর্ত্বিজঃ। তাংশ্চ সর্ব্বান্ দশিষ্যামঃ কৃতমেবং ভবিষ্যতি ॥১৮॥

অপরে ত্বব্রুবন্নাগা ধর্ম্মাত্মানো দয়ালবঃ। অবুদ্ধিরেষা ভবতাং ব্রহ্মহত্যা ন শোভনম্ ॥১৯॥

সম্যক্ সদ্ধর্ম্মমূলা বৈ ব্যসনে শান্তিরুত্তমা। অধর্ম্মোত্তরতা নাম কৃৎস্নং ব্যাপাদয়েজ্জগৎ ॥২০॥

অপরে ত্বব্রুবন্নাগাঃ সমিদ্ধং জাতবেদসম্। বর্ষৈর্নির্ব্বাপয়িষ্যামো মেঘা ভূত্বা সবিদ্যুতঃ ॥২১॥

স্রুগ্‌ভাণ্ডং নিশি গত্বা চ অপরে ভুজগোত্তমাঃ। প্রমত্তানাং হরন্ত্বাশু বিঘ্ন এবং ভবিষ্যতি ॥২২॥

যজ্ঞে বা ভুজগাস্তস্মিন্ শতশোঽথ সহস্রশঃ। জনান্ দশন্তু বৈ সর্ব্বে নৈবং ত্রাসো ভবিষ্যতি? ॥২৩॥

অথবা সংস্কৃতং ভোজ্যং দূষয়ন্তু ভুজঙ্গমাঃ। স্বেন মূত্রপুরীষেণ সর্ব্বভোজ্যবিনাশিনা ॥২৪॥

অপরে ত্বব্রুবংস্তত্র ঋত্বিজোঽস্য ভবামহে। যজ্ঞবিঘ্নং করিষ্যামো দক্ষিণা দীয়তামিতি।

বশ্যতাঞ্চ গতোঽসৌ নঃ করিষ্যতি যথেপ্সিতম্ ॥২৫॥

অপরে ত্বব্রুবংস্তত্র জলে প্রক্রীড়িতং নৃপম্। গৃহমানীয় বধ্নীমঃ ক্রতুরেবং ভবেন্ন সঃ ॥২৬॥

---

হায়রূনা যজ্ঞ অসিদা দোষ য়ামনা উৎকনি ॥১৫॥ নক্রে হায়রগা নিংথৌগী কাননবা তৌরিবা অমদি সর্প যজ্ঞ হৈরবা যজ্ঞগী আচার্য্য অমদি রাজ পুরোহিত ওইরিবা অতুবু ঐখোয়গী মরক্তা কনাগুম্বা অমনা চীকহল্লুবা তাই, মানা হেক শিবদা যজ্ঞ অদু অত্তুম্মক তৌররোয়দবনি ॥১৬—১৭॥ সর্প যজ্ঞ হৈরবা, জনমেজয়গী পুরোহিত ওইগদৌরিবা ব্রাহ্মণশিং অতুবু ঐখোয়না চীকনি, মাদুতদা ঐখোয়গী থবক পাংগনি, জনমেজয়গী যজ্ঞদসু অমঙ্গল ওইগনি ॥১৮॥ মাসি তাবদা ধর্ম্ম চেন্নবা থৌজাল লৈরবা লিল খরনা হায়খি—নংগী বুদ্ধি অমদি মন্ত্রনাসি ওস্থোক্লা ফত্তে। করিনা হায়বদু ঐখোয়গী কান্ননি হায়রূনসু ব্রহ্মহত্যাদি তৌফদে ॥১৯॥ অৱাবা খুদোংথিবা তারকপা মতমদা ধর্ম্মতনা পান্থে ওইহনা মহ কোকনবা হোৎনগদৌবনি। অধর্ম্মনা পান্থে ওইহনা অৱাবা খুদোংথিবাশিংবু কোক্লনবা মহোৎনরবদি জগৎ পুমনমকসি মিৎকুপ্তা মাংগদৌরিবনি ॥২০॥ মতম অসিদা লিলশিংগী দল অমনা হায়রক্লি—ঐখোয় পুমনমক নোংথাংগা লোয়নরবা কুংলবা নোংগী মপৈ ওইহনা যজ্ঞগী চাক্লিবা মৈথক্তা চুথহনা যজ্ঞগী মৈহু-মুৎথৎকদৌবনি ॥২১॥

যজ্ঞ তৌগদৌবা নোংমা য়াৎনিংঙৈগী অহিংদা পুরোহিতশিং অদো মন্নাইনা মাগী মাগী থবক্তা মপুক্লিং চংহনা লৈরখিনি, যজ্ঞ-অতুদা ঐখোয় মকোক মকোক ওইবা থমনা থুনা য়াংনা লোয়না চংখিহনা যজ্ঞগী শোংচৈ পাত্রমচিংবা লোয়না লৌথোকতরগা লোয়রে, অতুম তৌরবদি যজ্ঞ মন্নাইনা কায়রগনি ॥২২॥ নক্রে হায়রগা ঐখোয় মরাম শুলপ চথলে হায়রগা যজ্ঞ য়াওরিবা য়েংলিবা মী লিশিং লিশিং অতুবু তাপা তাপা চীকহনবদা জনমেজয় অদি করিমত ইংকি মকিরয়োইহনা? ॥২৩॥ নক্রে হায়রগা ঐখোয় পুমনমকী অমাং-অতোয় মনামনা যজ্ঞগী চাক থকনবা মরাম অদো মাংহোকহনবদি কনদৌরি ॥২৪॥ অতোপ্পা থমনা অমুক হায়রকই—জনমেজয়না জলকেলি শামবা লাকপা মতমদা

অপরে ত্বব্রুবংস্তত্র নাগাঃ পণ্ডিতমানিনঃ। দশামন্তং প্রগৃহ্যাশু কৃতমেবং ভবিষ্যতি।
ছিন্নং মূলমনর্থানাং মৃতে তস্মিন্ ভবিষ্যতি ॥২৭॥

এষা নো নৈষ্ঠিকী বুদ্ধিঃ সর্ব্বেষামীশ্বশ্রবঃ!। অথ যন্মন্যসে রাজন্! ক্রতং তং সংবিধীয়তাম্ ॥২৮॥

ইত্যুক্ত্বা সমুদৈক্ষন্ত বাসুকিং পন্নগোত্তমম্। বাসুকিশ্চাপি সঞ্চিন্ত্য তানুবাচ ভুজঙ্গমান্ ॥২৯॥

নৈষা বো নৈষ্ঠিকী বুদ্ধির্মতা কর্ত্তুং ভুজঙ্গমাঃ!। সর্বেষামেব মে বুদ্ধিঃ পন্নগানাং ন রোচতে ॥৩০॥

কিং তত্র সংবিধাতব্যং ভবতাং স্যাদ্ধিতং তু যৎ। শ্রেয়ঃ প্রসাদনং মন্যে কশ্যপস্য মহাত্মনঃ ॥৩১॥

জ্ঞাতিবর্গস্য সৌহার্দ্দাদাত্মনশ্চ ভুজঙ্গমাঃ!। ন চ জানাতি মে বুদ্ধিঃ কিঞ্চিৎ কর্ত্তুং বচো হি বঃ ॥৩২॥

ময়া হীদং বিধাতব্যং ভবতাং যদ্ধিতং ভবেৎ। অনেনাহং ভৃশং তপ্যে গুণদোষৌ মদাশ্রয়ৌ ॥৩৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
আস্তীকে নাগমন্ত্রণং নাম দ্বাত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥৩২॥

——০:*:০——

ঐখোয় ময়ামনা ঈশিংদা চোংথতুনা মাবু য়েৎশিন্দুনা ফাহনা ময়ুমদা যজ্ঞগী মফমদা পুরক্লগা হাৎকদোবনি মাতুম তৌরবতদা যজ্ঞ অমুক তৌররোইদবনি ॥২৬॥

মশাবু পণ্ডিতনি হায়না খন্দুনা নাপল তৌরবা লিল থরনা অমুক হাযখি— হায়রিবা ময়ামসি কান্নদে, মানা ফিবম ইতাও তাওনা লৈবিঙৈদা থুনা য়াংনা চেনশিন্দুনা চীকলুরগা লোযরে, অদু মতৌরবতদা ঐখোয়গী থবক পাংথোক্লনি মাগী থবক মাংগনি। কন্নিনা হায়ববু জনমেজয়না শিরবতদা ঐখোযগী থুদোংথিবা অসিগী মদ্ম যুবখিবা হায়বতু ওইবে ॥ ২৭ ॥ হে নাগরাজ! ঐখোয়না তৌগদৌবা অরোইবা ৱা হাযববু অসিনা লোইবে। হায়খ্রিবাশিং অসিগী মতুংদা অপাম্বা অমা থল্লগা থুনা তৌবিয়ু ॥ ২৮ ॥ ৱাশিং অসি হাযরবা মতুংদা লিল ময়াম অদু লিল নিংথৌ বাসুকি রোমদা মমিৎ কুপ্তনা তুগিন্না যেংতুনা লৈখি, বাসুকিসু মুন্না ওহাক ৱাখল তৌরুরগা লিলশিংদা হাযখি— ময়াম পুমনমক তাবিয়ু। ময়ামনদি পিবিগদৌবা মন্ত্রনা মখৈ তাকপিরে অতুমনদি ওইরবদা ময়ামনা হাযরিবা অসিগী মতুংদা ঐনা পাম্বা অমতা য়াওদে অহনা হাযবিরিবাশিং অসিগী মতুংইন্না ঐ থবক অমতা তৌজরোই। করিনা হায়ববু ঐগী মততা মযামনা হাযরিবাশিংগী মতুংদা অম ফাওবা অকবা য়াওদে ॥ ২৯-৩০ ॥ নখোয় ঐখোয় পুমনমককী বিষয় অসিদা করম তৌরগা মঙ্গল ওইগদগে হাযবদু থম্বফম থোকই। মতুদি কন্নিনো হায়না হংবিরবদি ঐগী মততা পুকচেল চাউবা কশ্যপবু পেলহলবতনা অফবরা হায়না খল্লি ॥ ৩১ ॥ মরম অতুনা লিল পুমনমক শাগৈশিংবু ঐ ইশা ইথম্ভতবু মুংশিজবনা তৌরুরিবা ঐগী বুদ্ধি অসিনা ময়ামনা হায়রিবা থবকশিং অহগী মতুংদা অমতসু তৌবা ঙমরোই ॥ ৩২ ॥ নংখোয়গী মঙ্গল ওইনবা তৌবতনা ঐগী ইথৌনি প্রজা নখোয় পুমনমকী মঙ্গল পুমনমক্লা নিংথৌ ঐগী ইথক্তা নলহনা লৈরবনি হায়তুনা ময়ামনা ৱাবদগী ঐনা হেম্না বাকিখিবনি ॥ ৩৩ ॥

মতাং অসিনা শ্রীমহাভারতকী শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদি-পর্ব্বদা আস্তীকপর্ব্বগী মন্ত্রণা নাগ মন্ত্রনা কৌবা কুন্থ্রানিথোই শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

——

# শ্রীমহাভারতম্।

## আদি পর্ব— আস্তীকে এল পত্রবাক্যং

### (কুনথরাছমদোই শুবা অধ্যায়ঃ)

—:(৯):—

সৌতিরুবাচ।

সর্পাণান্ত বচঃ শ্রুত্বা সর্বেষামিতি চেতি চ। বাসুকেশ্চ বচঃ শ্রুত্বা এলাপত্রোঽব্রবীদিদম্ ॥১॥
প্রাগেব দর্শিতা বুদ্ধির্মৈষা ভুজগোত্তমাঃ!। হেয়েতি যদি বো বুদ্ধিস্তবাপি চ তথা প্রভো! ॥২॥
অস্তু কামং মমাত্রাপি বুদ্ধিঃ স্মরণমাগতা। তাং শৃণুধ্বং প্রবক্ষ্যামি যাথাতথ্যেন পন্নগাঃ! ॥৩॥
ন স যজ্ঞো ন ভবিতা ন স রাজা তথাবিধঃ। জনমেজয়ঃ পাণ্ডবেয়ো যতোঽস্মাকং মহদ্ভয়ম্ ॥৪॥
দৈবেনোপহতো রাজন্! যো ভবেদিহ পূরুষঃ। স দৈবমেবাশ্রয়তে নান্যত্রে পরায়ণম্ ॥৫॥
তদিদং দৈবমস্মাকং ভয়ং পন্নগসত্তমাঃ!। দৈবমেবাশ্রয়িষ্যামোঽত্র শৃণুধ্বঞ্চ বচো মম ॥৬॥
অহং শাপে সমুৎসৃষ্টে সমশ্রৌষং বচস্তদা। মাতুরুৎসঙ্গমারূঢ়ো ভয়াৎ পন্নগসত্তমাঃ! ॥৭॥

---

সৌতিনা হায়খি— লিল পুমনমককী তোংঙাল তোঙালবা প্রস্তাব অমদি বাসুকিগী ৱাঙাং তাবদা এলাপত্র কৌবা লিল অমনা মযামগী মমাংদা হৌগত্তুনা হায়রকই ॥ ১ ॥ অথোইব, লিল পুমনমক! মমাংদৌদা ঐগী বুদ্ধিনা ফংবা অমতং হায়খিবদু ময়ামনা য়াবিনিংদ্রবসু অদুগা মহারাজ! মহারাজমক্না চুমদে হায়না লৌবিরবসু, ক্ররে অদুমঙায়রে; অদুগা হৌজিক ৱা অমসু নিংশিংলক্লে! লিল পুমনমকসু তাবিয়ু— থাংগৈশেংবা ঐ হায়জগে ॥ ২-৩ ॥ যজ্ঞ অমা তৌগদৌরিবা লিল যজ্ঞ অসিগু তৌহন্দোই হায়বসু য়াব নত্তে, তৌগদৌরিবা যজ্ঞ অসিদগীসু ঐথোইগী অমাংবা শোয়দনা ওইরগনি; পাণ্ডুগী বংশদা পোক্লবা জনমেজয়সু অদুক য়ামনা পংবা নিংথৌ নত্তে ॥ ৪ ॥ মহারাজ! জগৎ পুমনমক অসিদা লাইগী নোংদমদগী অৱাবা তারবা জীবনা লাইগী নোংদমদা চংজগনি। কন্নিনা হায়ববু লাইবক্না তত্মলকপা অৱাবা অদুগী কোক্লনবা উপায় অমতা লৈতে ॥ ৫ ॥

অথোইবা লিল পুমনমক! থংহৌদনা ঐথোয়দা থোক্লরিবা মৃত্যু দশা অসে লাইনা তমখিবনা শোয়দনা থোক্লগদৌরনি, অদুনা ঐথোয়গী আশ্রয় লাইনা তম্বা য়েংকতনি, ময়াম অমুক্তা তাবিয়ু ॥৬॥ হে অথোইবা লিল পুমনমক! ইমানা শাপ তৌখিবা মতমদা ঐনা ইমাগী তম্পাক্ক লৈরিঙৈদা দেবতা শিংনা শানখিবা ৱারি অমা কিনা কিনা কোক কাংথত্তুনা তাখি, অথোই অথোইবা শাওনবা লিল অমাবক্না শাপ অহ কোক্লবা ইমাদা হায়জনয় তৌখিদে; মাদুনা করম্ভো হায়দুনা অগী লাইরাকা

দেবানাং পন্নগশ্রেষ্ঠাস্তীক্ষ্ণাস্তীক্ষ্ণা ইতি প্রভো ।। শাপগ্রস্থামিতখানাং পন্নগানামনাময়ম্ ।।৮।।
কৃপয়া পরয়াবিষ্টাঃ প্রার্থয়ন্তো দিবৌকসঃ। পিতামহমুপাগম্য দেবা বচনমব্রুবন্ ।।৯।।

দেবা ঊচুঃ।

কা হি লব্ধ্বা প্রিয়ান্ পুত্রান্ শপেদেবং পিতামহ! । ঋতে কদ্রুং তীক্ষ্ণরূপাং দেবদেব! তবাগ্রতঃ ।।১০।।
তথেতি চ বচস্তস্যাস্ত্বয়াপ্যুক্তং পিতামহ ।। ইচ্ছাম এতদ্বিজ্ঞাতুং কারণং যন্ন বারিতা ।১১।

ব্রহ্মোবাচ।

বহবঃ পন্নগাস্তীক্ষ্ণা ঘোররূপা বিষোল্বণাঃ। প্রজানাং হিতকামোঽহং ন চ বারিতবাংস্তদা ।১২।
যে দন্দশূকাঃ ক্ষুদ্রাশ্চ পাপাচারা বিষোল্বণাঃ। তেষাং বিনাশো ভবিতা ন তু যে ধর্ম্মচারিণঃ ॥ ১৩ ॥
যন্নিমিত্তঞ্চ ভবিতা মোক্ষস্তেষাং মহাভয়াৎ। পন্নগানাং নিবোধধ্বং তস্মিন্ কালে সমাগতে ॥ ১৪ ॥
যাযাবরকুলে ধীমান্ ভবিষ্যতি মহানৃষিঃ। জরৎকারুরিতি খ্যাতস্তপস্বী নিয়তেন্দ্রিয়ঃ ॥ ১৫ ॥
তস্য পুত্রো জরৎকারোর্ভবিষ্যতি তপোধনঃ। আস্তীকো নাম যজ্ঞং স প্রতিষেৎস্যতি তং তদা।
তত্র মোক্ষ্যন্তি ভুজগা যে ভবিষ্যন্তি ধার্ম্মিকাঃ ॥ ১৬ ॥

দেবা ঊচুঃ।

স মুনিপ্রবরো ব্রহ্মন্! জরৎকারুর্মহাতপাঃ। কস্যাং পুত্রং মহাত্মানং নয়িষ্যতি বীর্য্যবান্ ॥১৭॥

---

ঐখোয়বু হুংশিবিতুনা ঐখোয়বু শাপতগী কোবহন্দুনা অন্নাবা তাদনবা ব্রহ্মাগী মফমদা চৎতুনা ঐখোয়গী দমক্তা য়্বা অসি হায়বিখি ।।৭—৯।। দেবতাশিংনা হায়খি —হে পিতামহ! শাওগান্নবী কদ্রু নত্তনা কনাগুম্বী হুপী অমনা হুংশিন্নবা মচাশিংবু ফংজরগা পিতামহমক্কী মাংদবু অদুক তমখিন্নবা শাপ তৌখিবা য়াউখ্রবরা ? ।।১০।। পিতামহ! পিতামহমকসু অদু মভাযরে হায়তুনা কদ্রুগী শাপ অদুবু তুমিন্না হেকমক ময়াবিখি, মাবু থিংবিখিবসু তৌবিখিদে। মসিগী থাঙ্গেশেংবা মরম খংজনিংই ।।১১।। ব্রহ্মানা হায়খি— লিল অয়াম্বা কন্নবা মহু পুবা ভাক্তনি, থৌন্নবা ময়া, কন্নবা মহু পুই হায়তুনা লোইনা ময়াই কানরি। অহনা লোক পুম্নমক্কী মঙ্গলগীদমক্ত ঐনা কদ্রুবু থিংখিদবনি ।।১২।। মহু কন্নবা পুকচেল পীন্নবা লিলশিংনা মীবু চীক্তুনা মহগী পাপনা লিল ময়ামগী সর্ব্বনাশ ওইগদৌরিবনি; অদুগা ধর্ম্মচেনবা লিলশিংগীদি থোইদোক্না অন্নাবা ওইরোই ।।১৩।। লাইয়াম পুম্নমক! লিলগী যজ্ঞ অদুনা তৌন্নরুবা লিল পুম্নমক কিবনা থক্ থক নীন্নরক্নবা কালদা ধর্ম্ম চেন্নবা লিল খরগীদি অকিবা থুদোংথিনা অদুদগী কোকনি, মদুগী মরম য়াম তাবিয়ু ।।১৪।। সন্যাসী পরিব্রাজককী বংশদা মহৈ হৈন্নবা লাইনিং চেংলবা অমদি ইন্দ্রিয় খুহম চন্নবা জরৎকারু কৌবা মহর্ষি অমা শোয়দনা পোক্নগনি ।।১৫।। হায়রিবা জরৎকারু অমগী মচা তপস্বী অমা পোকনি, মহাক্না লিলগী যজ্ঞ অসি থিংলগদৌরিবনি। ধর্ম্ম চেনবা লিলশিংতনা থুদোংথিনা অসিদগী ন্যাম্নোকহোগদৌরিবনি ।।১৬।। য়্বা অসি তাবদা লাইয়াম খিবিক্না হায়খি—পিতামহ! মপাঙ্গল কন্নবা, তপস্যা কন্নবা, মুনি অখোইবা জরৎকারু হায়রবসিনা কনাগী গর্ভদা অদুক পুকচেল

ব্রহ্মোবাচ।

সনামায়াং সনামা স কন্যায়াং দ্বিজসত্তমঃ। অপত্যং বীর্য্যসম্পন্নং বীর্য্যবান্ জনয়িষ্যতি ॥১৮॥

বাসুকেঃ সর্পরাজস্য জরৎকারুঃ স্বসা কিল। স তস্যাং ভবিতা পুত্রঃ শাপান্নাগাংশ্চ মোক্ষ্যতি ॥১৯॥

এলাপত্র উবাচ।

এবমস্ত্বিতি তং দেবাঃ পিতামহমথাব্রুবন্। উক্ত্বৈবং বচনং দেবান্ বিরিঞ্চিস্ত্রিদিবং যযৌ ॥২০॥

সোঽহমেবং প্রপশ্যামি বাসুকে! ভগিনী তব। জরৎকারুরিতি খ্যাতা তাং তস্মৈ প্রতিপাদয় ॥২১॥

ভৈক্ষবদ্ভিক্ষমাণায় নাগানাং ভয়শান্তয়ে। ঋষয়ে সুব্রতায়ৈনামেষ মোক্ষঃ শ্রুতো ময়া ॥২২॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

আস্তীকে এলাপত্রবাক্যং নাম ত্রয়স্ত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

———:০:———

চাউরবা অস্তবু পোক্লবগদৌবিবনো ? ॥১৭॥ ব্রহ্মানা হায়খি —জরৎকারু হায়বা প্রভাব চাউরবা মুনি অসি মহাক্কী মিংগা চপ মান্নবী কনাগুম্বী ভার্য্যা অমগী গর্ভদা বীর্য্য লৈরবা মচা অসি পোক্লগদৌবিবনি ॥১৮॥ অসোমদা লিল নিংথৌ বাসুকিগী মচল সুপী অমস্ত লৈ, মহাক্কী গর্ভদনি জরৎকাকনা পোক্কদৌবিবা মচা অসি, মহাক্কুনা লিলশিংবু মমাগী শাপতগী কোকহল্লগনি ॥১৯॥ এলাপত্রনা হায়খি —অতুগী মতুংদা মতুমক ওইরসসু অসুম হায়না দেবতাশিংনা ব্রহ্মাদা হায়খি। ব্রহ্মাসু দেবতাশিংদা অসি হায়রমগা ব্রহ্মলোকতা চৎখি ॥২০॥ লিল নিংথৌ! জরৎকারু কৌবী নচল সুপী অমা লৈ হায়বসি ঐখোযস্ত খংই; মহর্ষি জরৎকারুনা ভিক্ষাগুমনা নচল সুপী বস্থা অসি নিরখিনি; মতম অতুদা লিলশিংগী অবাবসি কোক্লনবা বস্থা জরৎকারুবু জরৎকারু মুনিদা দান তৌথোকপিখো; ঐনা তাখিববু মসিতনা লিল ঐখোয পুমনমক্কী অবাবা কোক্লনবা উপায়নি ॥২১—২২॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারততা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লে'বা সংহিতাদা আদি পর্বদা আস্তীককী এলাপত্র বাক্য কৌবা কুন্থাহুমদোই শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

—•✱•—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদিপর্ব—আস্তীকে জরৎকারুসমন্বেষণং

( কুনথরাম্মরি শুবা অধ্যায় )

——:*:——

সৌতিরুবাচ ।

এলাপত্রবচঃ শ্রুত্বা তে নাগা দ্বিজসত্তম ! । সর্বে প্রহৃষ্টমনসঃ সাধু সাধ্বিত্যপূজয়ন্ ॥১॥

ততঃ প্রভৃতি তাং কন্যাং বাসুকিঃ পর্য্যরক্ষত । জরৎকারুং স্বসারং বৈ পরং হর্ষমবাপ চ ॥২॥

ততো নাতিমহান্ কালঃ সমতীত ইবাভবৎ । অথ দেবাসুরাঃ সর্বে মমন্থুর্বরুণালয়ম্ ॥৩॥

তত্র নেত্রমভূন্নাগো বাসুকির্বলিনাং বরঃ । সমাপ্যৈব চ তৎকর্ম্ম পিতামহমুপাগমৎ ॥৪॥

দেবা বাসুকিনা সার্দ্ধং পিতামহমথাব্রুবন্ । ভগবন্ ! শাপভীতোঽয়ং বাসুকিস্তপ্যতে ভৃশম্ ।৫।

অস্যৈতন্মানসং শল্যং সমুদ্ধর্ত্তুং ত্বমর্হসি । জনন্যাঃ শাপজং দেব ! জ্ঞাতীনাং হিতমিচ্ছতঃ ।৬।

হিতো হ্যয়ং সদাস্মাকং প্রিয়কারী চ নাগরাট্ । প্রসাদং কুরু দেবেশ ! শময়াস্য মনোজ্বরম্ ।৭।

ব্রহ্মোবাচ ।

ময়ৈব তদ্বিতীর্ণং বৈ বচনং মনসাঽমরাঃ ! । এলাপত্রেণ নাগেন যদস্যাভিহিতং পুরা ॥৮॥

---

সৌতিনা হায়খি—হে ব্রাহ্মণ অথোইবা শৌনক ! লিল পুম্নমক অদো এলাপত্র কৌবা লিলগী ঋা তাবদা থোইদোক্না নুংঙাইখিদুনা 'ধন্যনি ধন্যনি এলাপত্র !' অসুম হায়না এলাপত্রবু থাগৎখি ॥১॥ মতু তাবা নুমিত্তগী বাসুকিনা মচন নুপী জরৎকারুবু হায়দগী হেন্না চেকশিন্না ঙাকশেনখি অদুগা মপুক্লিংদা থোইদোক্না নুংঙায়খি । মপাঙ্গল কল্লবা বাসুকিনা থৌরি ওইদুনা মন্দরনা মথন দণ্ড ওইদুনা সমুদ্রবু নৈরুরবা তুংদা ব্রহ্মাগী মফমদা লেংমা চংখি ॥৩—৪॥

বাসুকিগা লোয়নদুনা লায়শিংনা ব্রহ্মাগী মফমদা হায়খি—ভগবান ! লিল পুমনমককী নিংথৌ বাসুকি অসে ইমানা তৌখিবা শাপপু কিয়দুনা মতু কোকনববা উপায় লৈত্রদুনা ঋমনা ঋারে ॥৫॥ হে পিতামহ ! বাসুকি হায়বসি, নুমিৎ চুপ্পা মাগী প্রজাশিংগী অমদি শাগে নাতৈগী মঙ্গলগী ঋাথন্দা থন্দুনা লৈরিবনি ; মরম অদুনা মাতৃ শাপতগী পোকখিব্রবা মহাককী থমোয়দা চংখ্রবা অন্নাবগী মশাক ওইরবা ভাগোন অসিত্তদি লৌথোকপিয়ু ॥ ৬ ॥ লিল পুমনমকী নিংথৌ অসি লাই ঐখোয়গী কামনবদা তৌরিবা ঐখোয়না য়ানিংবা থবক্তা তৌরিবা অমনি । অদুনা হে দেব দেব ! ঐখোয়বু চানবিয়ু, লিলনিংথৌ অসিগী অন্নাবা মৈচাক অসিত্তদি মুৎথৎপিয়ু ॥ ৭ ॥ ব্রহ্মানা হায়খি—হে লাই পুমনমক ! এলাপত্রনা মমাংদা হায়খিবা ঋা পুমনমক অদো, মানা নখোয়দা অদু

তৎ কারোম্বেষ নাগেন্দ্রঃ প্রাপ্তকালং বচঃ শুভম্। বিনশিষ্যন্তি যে পাপা ন তু যে ধর্ম্মচারিণঃ ॥৯॥

উৎপন্নঃ স জরৎকারুস্তপস্যুগ্রে রতো দ্বিজঃ। তস্যৈব ভগিনীং কালে জরৎকারুং প্রযচ্ছতু ॥১০॥

এলাপত্রেণ যৎ প্রোক্তং বচনং ভুজগেন হ। পন্নগানাং হিতং দেবাস্তত্তথা ন তদন্যথা ॥১১॥

সৌতিরুবাচ।

এতচ্ছ্রুত্বা তু নাগেন্দ্রঃ পিতামহবচস্তদা। সন্দিশ্য পন্নগান্ সর্বান্ বাসুকিঃ শাপমোহিতঃ ॥১২॥

স্বসারমুদ্যম্য তদা জরৎকারুমৃষিং প্রতি। সর্পান্ বহূন্ জরৎকারৌ নিত্যযুক্তান্ সমাদধৎ ॥১৩॥

জরৎকারুর্যদা ভার্য্যামিচ্ছেদ্বরয়িতুং প্রভুঃ। শীঘ্রমেত্য তদাখ্যেয়ং তন্নঃ শ্রেয়ো ভবিষ্যতি ॥১৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

আস্তীকে জরৎকারুসমন্বেষণং নাম চতুস্ত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥৩৪॥

——:(*):——

---

তমদ্রিভৈদা ঐনা মাগী মপুক্লিংদা লোয়না নিংশিংহন্দুনা লোইখ্রবনি ॥৮॥ মাহুগী মতম অহু হুজিক লাকলে; মরম অদুনা মানা হায়বা মতুং ইন্না থবক পুমনমক তৌবিয়ু। পাপ চেন্নবা লিল অয়াম্বদি সর্প যজ্ঞ অহুদা তুমখিবা তারে; অহুগা ধর্ম্ম চেনবা থরদি করিমতা শোকলোই ॥৯॥ জরৎকারু হায়বা ঋষি অমা পোকখিবদো, হুজিক তপস্যা কন্না তৌদুনা লৈরিবনি অদুনা লিল নিংথৌ বাসুকিনা জরৎকারু কৌবী মচনবু জরৎকারু কৌবা মুনি অহুগী মথুক্তা হরাউ হরাউনা দান তৌথোকপিগদৌবনি ॥১০॥ লিল পুমনমককী মঙ্গলগীদমক্তা এলাপত্রনা তমখিবা ঋা পুমনমক অদো অচুম্বা মক্তনি মাদু থক শোয়বরোইদবনি ॥১১॥

সৌতিনা হায়খি— মাতৃ শাপ ফংবদা থোইদোক্না লাংতররবা লিল নিংথৌ বাসুকিনা ব্রহ্মাগী ঋা তাবদা মহু পুমনমকপু লিল পুমনমক্তা অমুক খংহল্লগা, অদুদগী হৌনা মচল হুপী জরৎকারুবু ফিজেৎ লৈতেংদুনা শেম শাদুনা থমখি; অহুগা জরৎকারু মুনিবু থিহনা পুরকনবা থবক অসিদ মপুকনিং চংলবা হৈশিংলবা লিল কয়াবু লৈবাক পুমনমক্তা থাখি ॥১২-১৩॥ মখোয়দা অমুম হায়খি— মতিক মগুণ চাউরবা জরৎকারু মুনিনা গৃহস্থ ধর্ম্মগী ঋাথল কোংদোরকপা মতমদা নখোয়না থুনা ঐগী নাক্তা লাক্কুনা তমলগদৌবনি মদুতদা নখোয় ঐখোয়গী মঙ্গল ওইগদৌবনি ॥১৪॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারততা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদি-পর্ব্বদা আস্তীককী মতাংদা জরৎকারু সমন্বেষণ কৌবা কুন্থ্রামরিশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

——:(*):——

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব—আস্তীকে পরীক্ষিদুপাখ্যানং

(কুন্থরামন্ডা শুবা অধ্যায়)

—(*)—

শৌনক উবাচ।

জরৎকারুরিতি খ্যাতো যস্ত্বয়া সূতনন্দন।। ইচ্ছামি তদহং শ্রোতুম্ ঋষেস্তস্য মহাত্মনঃ ॥১॥

কিং কারণং জরৎকারোর্নামৈতৎ প্রথিতং ভুবি। জরৎকারুনিরুক্তং ত্বং যথাবদ্বক্তুমর্হসি ॥২॥

সৌতিরুবাচ।

জরেতি ক্ষয়মাহুর্বৈ দারুণং কারুসংজ্ঞিতম্। শরীরং কারু তস্যাসীৎ তৎ স ধীমান্ শনৈঃ শনৈঃ ॥৩॥

ক্ষপয়ামাস তীব্রেণ তপসেত্যত উচ্যতে। জরৎকারুরিতি ব্রহ্মন্! বাসুকের্ভগিনী তথা ॥৪॥

এবমুক্তস্তু ধর্ম্মাত্মা শৌনকঃ প্রাহসত্তদা। উগ্রশ্রবসমামন্ত্র্য উপপন্নমিতি ব্রুবন্ ॥৫॥

শৌনক উবাচ।

উক্তং নাম যথাবচ্চ সর্ব্বং যৎ পৃষ্টবানহম্। যথা তু জাতো হ্যাস্তীক এতদিচ্ছামি বেদিতুম্।

তচ্ছ্রুত্বা বচনং তস্য সৌতিঃ প্রোবাচ শাস্ত্রতঃ ॥৬॥

সৌতিরুবাচ।

সন্দিশ্য পন্নগান্ সর্ব্বান্ বাসুকিঃ সুসমাহিতঃ। স্বসারমুদ্যম্য তদা জরৎকারুমৃষিং প্রতি ॥৭॥

---

শৌনকনা হায়খি— সৌতি! নংনা ঐখোয়দা জরৎকারুগী বারি অমা হৌদোকখিবহ, মহর্ষি অহুগী মমিং জরৎকারু কৌখিবা অমদি অদুগী চপচাবা অর্থ করিনো? অহস্মু তানিংই ॥১॥ মহর্ষি অসিনা জরৎকারু অসুম হায়না কাওখিবগী মরম করিনো? অদুগা জরৎকারু হায়বা শব্দ অসিগী অর্থনা করি, মথংশিংনা লোয়না লিথবিরকউ ॥২॥ সৌতিনা হায়খি—জরৎ শব্দগী অর্থনা অমাংবা হায়বনি কারু হায়বগী অর্থনা তমথিরবা হায়বনি। মরমদি মাগী মশা অসি পাখং ওইরিঙৈ মতমদা য়ামনা তমথিবগা লোয়ননা কল্লমই; হে দেবর্ষি শৌনক! জ্ঞানী ওইরবা মহর্ষি অসিনা কল্লবা তপস্যা-তনা কল্লবা হকচাং অহুবু অসুম অসুম কংশিলহনখি; অদুদগী মহাত্মা মমিং অসি জরৎকারু মুনি অসুম হায়না অহুমক খংনখরে অদুগা বাসুকিগী মচন অসিসু অর্থ অসিমক লৈবা জরৎকারু হায়বা মিং অসি থোনখি ॥৩—৪॥ সৌতিনা অসুম হায়না মিংগী অর্থ তৌরক্লবদা চুমে, চুমে, অসুম হায়না সৌতিবু থাগৎকুনা খুবাক খুদুনা লোকখি ॥ ৫ ॥ শৌনকনা হায়খি—সৌতি! ঐনা হংখিবা জরৎকারু হায়বা মিং অসিগী অর্থনচিংবা নংনা শেংনা হায়লোক্রে হন্নিক্তি মুনি অসিগী মচানিপা আস্তীক পোকখিবগী বারি তাদিনরে। সৌতিনা শৌনকগী ৱা অসি তাবা মতমদা পুরাণ শাস্ত্রগী নিয়ম অমদি মতাং কায়ানা নীবা হৌখি ॥৬॥ সৌতিনা হায়খি—মথক্তা লীখিবা অহুগী সতুংইমা বাসুকি হায়বা

অথ কালস্য মহতঃ স মুনিঃ সংশিতব্রতঃ । তপস্যভিরতো ধীমান্ স দারান্নাভ্যকাঙ্ক্ষত ॥৮॥

স ঊর্দ্ধরেতাস্তপসি প্রসক্তঃ স্বাধ্যায়বান্ বীতভয়ঃ কৃতাত্মা ।

চচার সর্ব্বাং পৃথিবীং মহাত্মা ন চাপি দারান্ মনসাপ্যকাঙ্ক্ষৎ ॥৯॥

ততোঽপরস্মিন্ সংপ্রাপ্তে কালে কস্মিংশ্চিদেব তু । পরীক্ষিন্নাম রাজাসীদ্ ব্রহ্মন্ কৌরববংশজঃ ॥১০॥

যথা পাণ্ডুর্মহাবাহুর্ধনুর্দ্ধরবরো যুধি । বভূব মৃগয়াশীলঃ পুরাস্য প্রপিতামহঃ ॥১১॥

মৃগান্ বিধ্যন্ বরাহাংশ্চ তরক্ষূন্ মহিষাংস্তথা । অন্যাংশ্চ বিবিধান্ বন্যাংশ্চচার পৃথিবীপতিঃ ॥১২॥

স কদাচিন্মৃগান্ বিদ্ধা বাণেনানতপর্ব্বণা । পৃষ্ঠতো ধনুরাদায় সসার গহনে বনে ॥১৩॥

যথৈব ভগবান্ রুদ্রো বিদ্ধা যজ্ঞমৃগং দিবি । অন্বগচ্ছদ্ধনুষ্পাণিঃ পর্য্যন্বেষ্টুমিতস্ততঃ ॥১৪॥

নহি তেন মৃগো বিদ্ধো জীবন্ গচ্ছতি বৈ বনে । পূর্ব্বরূপন্তু তত্তূর্ণং সোঽগাৎ স্বর্গগতিং প্রতি ॥ ১৫ ॥

পরীক্ষিতো নরেন্দ্রস্য বিদ্ধো যন্নষ্টবান্ মৃগঃ । দূরঞ্চাপহৃতস্তেন মৃগেণ স মহীপতিঃ ॥ ১৬ ॥

পরিশ্রান্তঃ পিপাসার্ত্ত আসসাদ মুনিং বনে । গবাং প্রচারেষাসীনং বৎসানাং মুখনিঃসৃতম্ ।

ভূয়িষ্ঠমুপযুঞ্জানং ফেনমাপিবতাং পয়ঃ ॥ ১৭ ॥

---

লিল নিংথৌ অসিনা জরৎকারু মুনিবু থিনন্নবা য়াথং পিখ্রবা অতুগা মচন সুপীবুস্থ শেমশাতুনা থম্লগা মতমলৈবাখিবিক্তা চেকশিলনা লৈখি ।।৭।। ব্রত চেৎনা তপস্যাদা পুক্লিং চংতুনা লৈখ্রবা, মহাজ্ঞানী ওইরবা জরৎকারু হায়না জগৎ ফাওখ্রবা মহর্ষি অসি চহি মতম কয়া হৌখ্রবা ফাউবদা গৃহস্থ ওইবগী ঋাথল অসি মপুক্লিংদা ইপোক পোকখিদ্রে ।।৮।। থক্তা বীর্য্য হাইগৎখ্রবা তপস্যাদা লুপখ্রবা, বেদ পাঠদা মতম লেনখ্রবা, অকি অথংবা লৈত্রবা, অরামবা কোবা চত্রবা মুনি অসি পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্ত কোয়চৎ-চৎখি, অদুগা গৃহস্থগী ঋাথনতদি মপোকখিদ্রে ।।৯।। মহর্ষি শৌনক। মতমগী মতুংইন্না কৌরব বংশদা পোক্লবা পরীক্ষিৎ হায়বস্থা পৃথিবীপুম্বাগী নিংথৌ ওইদুনা পাম্লরে ।।১০।। লান্দ ফাওরবা, লীরুং পায়রাশিংগী মন্থুংদা অথোইবা ওইরবা মবুথৌ পাণ্ডুনা মমাংডৌদা মতম অরাম্বদা মৃগয়াদা পুক্লিং চংশিনদুনা পরীক্ষিৎ কৌবা নিংথৌ অসিসু শজি, ওক, কৈ, ইরোই, অসিনচিংবা বনগী শা তান্দুনা বন বনদা কোয়চৎ-চৎপসি য়াম্না পামখি ।।১১—১২।। নোংমা নিংথৌ অসিনা খোইরপ তৌবা তেনজিন পানবা তেন্না শজি কয়া তাম্নরবা তুংদা, মরেংবান্দা লীরুং য়াম্দুনা শুক্লবা বন অমগী মন্থুংদা অম্থুম চংখি ।।১৩।। অমাংডৌদা ভগবান্ মহাদেবনা স্বর্গদা শজিগী মশক লৌরবা যজ্ঞবু তেন্না থাম্নরবা তুংদা মখাকপু নিংদে হায়দুনা খুত্তা লীরুং পায়দুনা মফম অমদগী অমদা কোয়চেন চেন্নকপা অদুগুম তেন্না পাম্নখ্রবা শজিশিংবু কোয়খি থিখি ।।১৪।। নিংথৌ অসিগী তেন্না পানখ্রবা শজি অমত্তা হিংদুনা চেনবা ঙমদ্রিবনি, অদুবু শজিদি খুনা পুনশি লোইদুনা স্বর্গ কাননবগী থুমগী মশক ওইরবা থাম্না কুমা লোনখিদ্রে ।।১৫।। নিংথৌ পরীক্ষিৎকী তেন্না পানবা শজি অসি থুদক্তা মশক উখিদ্রে, অদুগা শজি লানবিদা নিংথৌ অদুবু য়াম্না লাপনা পুদুনা চংখি ।।১৬।। চোকথরবা, অরাম থৌরাংলবা নিংথৌ [illegible] অদুগা চংশিনখিবদা মুনি অমা উবরে। মুনি অসি মমংদা [illegible]

তমভিক্রম্য বেগেন স রাজা সংশিতব্রতম্। অপৃচ্ছদ্ধনুরুদ্যম্য তং মুনিং ক্ষুচ্ছ্রমান্বিতঃ ॥ ১৮ ॥

ভো ভো ব্রহ্মন্নহং রাজা পরীক্ষিদভিমন্যুজঃ। ময়া বিদ্ধো মৃগো নষ্টঃ কচ্চিত্তং দৃষ্টবানসি ॥ ১৯ ॥

স মুনিস্তং তু নোবাচ কিঞ্চিন্মৌনব্রতে স্থিতঃ। তস্য স্কন্ধে মৃতং সর্পং ক্রুদ্ধো রাজা সমাসজৎ ॥ ২০ ॥

সমুৎক্ষিপ্য ধনুষ্কোট্যা স চৈনং সমুপৈক্ষত। ন স কিঞ্চিদুবাচৈনং শুভং বা যদি বাঽশুভম্ ॥ ২১ ॥

স রাজা ক্রোধমুৎসৃজ্য ব্যথিতস্তং তথাগতম্। দৃষ্ট্বা জগাম নগরমৃষিস্ত্বাসীত্তথৈব সঃ ॥ ২২ ॥

নহি তং রাজশার্দ্দূলং ক্ষমাশীলো মহামুনিঃ। স্বধর্ম্মনিরতং ভূপং সমাক্ষিপ্তোঽপ্যধর্ষয়ৎ ॥ ২৩ ॥

নহি তং রাজশার্দ্দূলস্তথা ধর্ম্মপরায়ণম্। জানাতি ভরতশ্রেষ্ঠস্তত এনমধর্ষয়ৎ ॥ ২৪ ॥

তরুণস্তস্য পুত্রোঽভূত্তিগ্মতেজা মহাতপাঃ। শৃঙ্গী নাম মহাক্রোধো দুষ্প্রসাদো মহাব্রতঃ ॥ ২৫ ॥

স দেবং পরমাসীনং সর্ব্বভূতহিতে রতম্। ব্রহ্মাণমুপতস্থে বৈ কালে কালে সুসংযতঃ ॥ ২৬ ॥

স তেন সমনুজ্ঞাতো ব্রহ্মণা গৃহমেয়িবান্। সখ্যোক্তঃ ক্রীড়মানেন স তত্র হসতা কিল।
ঋষিপুত্রেণ নর্ম্মার্থে কৃশেন দ্বিজসত্তম ॥ ২৭ ॥

---

বয়াওশিংনা মমাগী থোম থকপা কান্দা মথয়াক্তগী শিম্বরকপা শঙ্গোমগী কোঙ্গোল অদু অহুম য়া-য়াদ্রুনা থকপা মুনিনি ॥১৭॥ লাম্লবা চোকথরবা নিংথৌ অসিনা ব্রত তৌদুনা ধ্যানদা লুপ্লুনা লৈরিবা মুনি অদুগী মফমদা লীকং থাঙ্গত্তুনা হংখি—মহর্ষি! ঐ অভিমন্যুগী মচা পরীক্ষিৎ হায়বা নিংথৌ অহনি; ঐনা শজি অমা তেম্না থাথ্রবনি, শিহোদনা চেনখ্রে, মহু কদোম্দা চেনখিবগে উবিহৌবরা? ॥১৮-১৯॥ মুনি অদু মৌনব্রত তৌহনা লৈরমই, অহনা নিংথৌনা হংবা অদু খুমখিদ্রে; অদুদা নিংথৌ অদুনা শাউদুনা অশিবা লিল অমা লীরুং থোংজিমা কোত্তুনা মুনি অদুগী মকুকশমদা য়ানশিল্লুরে ॥২০॥ নিংথৌ অহনা লীরুংনা লিল অদুবু মুনি অদুদা য়াম্দুনা থনম্লগা তুমিম্না অদুমক চংথ্রে, অফ-ফত্তগী বা অমতা মুনি অদুদা হায়রমদে ॥২১॥ অদুগী মতুংদা মুনি অদুনা ইশাউ শাউদনা লিল অদু য়াম্দুনা লৈহৌবা অবস্থা অদু উবদা সুংঙাই সুংঙাইতনা কোম্নুংদা হনখি; অদগা মুনি অদুসু অদুমক লৈহৌই ॥২২॥ মহর্ষি অদু থোইদোক্না তপথবা, ভাকপিহৈবা, থাংহৈবা মুনি অমনি। পরীক্ষিৎপু ধর্ম্ম চেন্নবা অথোইবা নিংথৌ অমনি হায়বা খংবা মুনিনি; মরম অদুনা মহাকপু উশিত্তনা তৌরম্লবস্ মহাক্না নিংথৌ অদুবু শাপ তৌবা তৌখিদে ॥২৩॥ অদুগা নিংথৌ অথোইবা ভরত শাগে থাওমে ওইরবা ধর্ম্ম চেন্নবা পরীক্ষিৎ নিংথৌনসু নিন্দা-প্রশংসাবু চপ মান্নবা খল্লবা ধর্ম্ম চেন্নবা মুনি অমনি হায়বস্ থংগুদরে, অদুনা মহর্ষি অদুবু লংনরক্নবনি ॥২৪॥ অসোমদা অমুক মহর্ষি অসিগী চহি য়ামত্রিবা শৃঙ্গী কৌবা মচা অমা লৈরমই, মহাকসু তপস্যা কন্নবা য়াম্না তেজ লৈবা, অমদি ব্রতদা কন্নবা ঋষি মচা অমনি; য়াম্না শাউগনি, মান্না শাউথ্রবদা শাক নেমথহনবা য়াহে ॥২৫॥ শৃঙ্গী হায়রিবসি মতম অয়াবদা ইথিং খুদুম চনুনা পঞ্জালনদা বসদুনা জীবপানবা পুরমকী কালবদা তৌরবা লাই পুরমকী অথোইবা ওইবা ব্রহ্মাগী উপাসনা তৌদুনদা লৈ ॥২৬॥

মতমদা শৃঙ্গীবু মহুমো মরো হায়না য়াথং পিরবদা শৃঙ্গী অসি মহুমদা চংখি। মুপ কৌবা

সংরম্ভাৎ কোপনোঽতীব বিষকল্পো মুনেঃ সুতঃ। উদ্দিশ্য পিতরং তস্য যচ্ছ্রুত্বা রোষমাহরৎ ॥২৮॥

কৃশ উবাচ।

তেজস্বিনস্তব পিতা তথৈব চ তপস্বিনঃ। শবং স্কন্ধেন বহতি মা শৃঙ্গিন্! গর্ব্বিতো ভব ॥২৯॥

ব্যাহরৎস্ব্ বিপ্রত্রেষু মাস্ম কিঞ্চিদ্বচো বদ। অস্মদ্বিধেষু সিদ্ধেষু ব্রহ্মবিৎসু তপস্বিষু ॥৩০॥

ক তে পুরুষমানিত্বং ক তে বাচস্তথাবিধাঃ। দর্পজাঃ পিতরং দ্রষ্টা যস্তং শবধরং তথা ॥৩১॥

পিত্রা চ তব তৎ কর্ম্ম নানুরূপমিবাত্মনঃ। কৃতং মুনিজনশ্রেষ্ঠ! যেনাহং ভৃশদুঃখিতঃ ॥৩২॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

আস্তীকে পরীক্ষিদুপাখ্যানং নাম পঞ্চত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

—:০:—

ঋষি মচা অমস্থু মাগী মরূপ ওইহৃনা লৈরমই। ব্রাহ্মণ অথোইবা শৌনক! কৃশ হাযবা অসিনা শান্নবা মতমদা শৃঙ্গীগী মপা অহুবু করেম্নহুনা শৃঙ্গীবু হেক-হেক শাওহল্লমই, অঙাং ওংবগী নোক্তুনা শান্নমিন্নবদা সুংঙাইনবগীদমক্তা ৰারি অমা হেক লিরমই ॥২৭॥ অদুদা থোইদোক্না শাওগল্লবা মহূ কল্লবা মুনিগী মচা শৃঙ্গী হায়বসি মপাগী মরমদা করেম্নহুনা লিবা ৰারি অহূ তাবদা যাম্না শাওখি॥ ২৮ ॥ কৃশনা হায়— শৃঙ্গী! নন্দি তেজ. বল্লবা তপস্বীনি অদুগা নপাসু তেজ কল্লবা তপস্বীনি নপা নচা চপমান্নে। অদুবু অহুক নতিক নগুণ লৈরবদা নংগী নপানা হৌজিক ফাওবা অশিবা অমা অস্লম য়ান্দুনা লৈরি, অংনো অশিবা য়ানবগী মচা হাক্লা মাপল তৌগনু ॥২৯॥ সিদ্ধ ওইরবা, ব্রহ্ম খংলবা, ঐগুম্বা তপস্বীশিংনা অচুম্বা ৰা অসি নংঙোন্দা হায়বা কান্দা থক খুম্মু লাকউনু অচুম্বনি॥ ৩০ ॥ নাপল তৌরবা নংগী ৰাঙাংনা 'কদায়দা? অহুগা নাপল মতৌগা তৌরিবা মওং অসিনা কদায়দা? কনা লাপনৈয়ে থাজত্রগা ডাহাক লৈরগা অশিবা পুবা নপা অদো য়েংজক ॥৩১॥ হে মুনি অথোইবা শৃঙ্গী! নহাককুম্বগী নপানা তৌরিবা থবক অসি উবদা মতিক চাত্রবা থবক অমনি হাযনা উরে, অহুনা ঐসু য়াম্না সুংঙাইতরে ॥৩২॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারততা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদিপর্ব্বদা

আস্তীককী মতাংদা পরীক্ষিৎ উপাখ্যান কৌবা কুম্থ্রামঙাগুবা অধ্যায় লোইরে॥

—:(০):—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব—আস্তীকে পরীক্ষিচ্ছাপঃ

( কুনথরাতরুক শুবা অধ্যায় )

—:*:—

সৌতিরুবাচ।

এবমুক্তঃ স তেজস্বী শৃঙ্গী কোপসমন্বিতঃ। মৃতধারং গুরুং শ্রুত্বা পর্যতপ্যত মন্যুনা ॥১॥

স তং কৃশমভিপ্রেক্ষ্য সূনৃতাং বাচমুৎসৃজন্। অপৃচ্ছত্তং কথং তাতঃ স মেঽদ্য মৃতধারকঃ ॥২॥

কৃশ উবাচ।

রাজ্ঞা পরীক্ষিতা তাত! মৃগয়াং পরিধাবতা। অবসক্তঃ পিতুস্তেঽদ্য মৃতঃ স্কন্ধে ভুজঙ্গমঃ ॥৩॥

শৃঙ্গ্যুবাচ।

কিং মে পিত্রা কৃতং তস্য রাজ্ঞোঽনিষ্টং দুরাত্মনঃ। ব্রূহি তং কৃশ! তত্ত্বেন পশ্য মে তপসো বলম্ ॥৪॥

কৃশ উবাচ।

স রাজা মৃগয়াং যাতঃ পরীক্ষিদভিমন্যুজঃ। সসার মৃগমেকাকী বিদ্ধা বাণেন শীঘ্রগম্ ॥৫॥

ন চাপশ্যন্মৃগং রাজা চরংস্তস্মিন্ মহাবনে। পিতরং তে স দৃষ্ট্বৈব পপ্রচ্ছানভিভাষিণম্ ॥৬॥

তং স্থাণুভূতং তিষ্ঠন্তং ক্ষুৎপিপাসাশ্রমাতুরঃ। পুনঃ পুনর্মৃগং নষ্টং পপ্রচ্ছ পিতরং তব ॥৭॥

---

সৌতিনা হায়খি— মরূপ কৃশগী ৱা তাবদা শৃঙ্গীসি য়াম্না শাওরে; মপানা অশিবা অমা য়াল্দুনা লৈরে হায়বসি তাবদা অমুক হেন্না শাওরে ॥১॥ মতুংদা অশাওবা তোকত্তুনা শকফম হল্লিন্দুনা মাগী মরূপ কৃশদা হংখি— ভায়খো শেংনা হায়য়ু মরূপ। ঐগী ইপানা অশিবা অমা পুত্নুনা লৈ হায়বসি কদিগীবো? চুমত্রা? ॥২॥ কৃশনা খুম্মি— অচুম্বনি মরূপ। মসিমক পরীক্ষিৎ নিংথৌনা বন অদোমদা মৃগয়া চৎলুই মহারাজ ... লীরংনা অশিবা লিল অমা কোৎলগা নপাগী ভকশংদা য়ামখনি ॥৩॥ শৃঙ্গীনা হায়— ঐগী ইপানা কত্তুনা নিংথৌ অকুম্নীবি করি ফত্তবা তৌখিবা? কৃশ। চুমা হায়বু ভলি ঐগী তপস্যাগী শক্তিবু য়েংঙু ॥৪॥ কৃশনা হায়— কম্না চেল্লিবা শক্তি অমা তেনা থারুরে, শক্তি অদু ... মতুং ... তাররক্লুনা নিংথৌ ... বনলোমদা চৎখ্রে। মহারাজা বনগী মফম ... শক্তিবু ফিরকপদা ... মতুংদা কনা তুম্মিনা কসল্লনা খাম তৌরিবা অংগী পিতারোমদা চংশিনরক্লুনা ... উরিহৌবদা হায়মনা হংলুরে ॥৫—৬॥ নিংথৌ অদু অরাম খোরাংবা চোকথবনা য়াম্না ... নংগী ... মতোংদা ... থান তৌদুনা ... নিংথৌ-

স চ মৌনব্রতোপেতো নৈব তং প্রত্যভাষত। তস্য রাজা ধনুষ্কোট্যা সর্পং স্কন্ধে সমাসজৎ ॥৮॥

শৃঙ্গিনস্তস্য পিতা সোঽপি তথৈবাস্তে যতব্রতঃ। সোঽপি রাজা স্বনগরং প্রস্থিতো গজসাহ্বয়ম্ ॥৯॥

সৌতিরুবাচ।

শ্রুত্বৈবমৃষিপুত্রস্তু শবং স্কন্ধে প্রতিষ্ঠিতম্। কোপসংরক্তনয়নঃ প্রজ্বলন্নিব মন্যুনা ॥১০॥

আবিষ্টঃ স হি কোপেন শশাপ নৃপতিং তদা। বার্য্যুপস্পৃশ্য তেজস্বী ক্রোধবেগবলাৎকৃতঃ ॥১১॥

শৃঙ্গ্যুবাচ।

যোঽসৌ বৃদ্ধস্য তাতস্য তথা কৃচ্ছ্রগতস্য হ। স্কন্ধে মৃতং সমাস্রাক্ষীৎ পন্নগং রাজকিল্বিষী ॥১২॥

তং পাপমতিসংক্রুদ্ধস্তক্ষকঃ পন্নগেশ্বরঃ। আশীবিষস্তিগ্মতেজা মদ্বাক্যবলচোদিতঃ ॥১৩॥

সপ্তরাত্রাদিতো নেতা যমস্য সদনং প্রতি। দ্বিজানামবমন্তারং কুরূণামযশস্করম্ ॥১৪॥

সৌতিরুবাচ।

ইতি শপ্ত্বাতিসংক্রুদ্ধঃ শৃঙ্গী পিতরমভ্যগাৎ। আসীনং গোব্রজে তস্মিন্ বহন্তং শবপন্নগম্ ॥১৫॥

স তমালক্ষ্য পিতরং শৃঙ্গী স্কন্ধগতেন বৈ। শবেন ভুজগেনাসীদ্ভূয়ঃ ক্রোধসমাকুলঃ ॥১৬॥

দুঃখাচ্চাশ্রূণি মুমুচে পিতরঞ্চেদমব্রবীৎ। শ্রুত্বেমাং ধর্ষণাং তাত! তব তেন দুরাত্মনা।

---

অদু না চেনখ্রবা শজিগী মরমদা হন্না অসুম হংজিনক্লে। অদুবু নংগী নপানা মৌনব্রত তৌবনা অদু য়োনা হংলবদা করিমতা খুমখিদয়ে, অদুদা শাউদুনা নিংথৌ অদুনা অশিবা লিল অমা ভকশমদা য়ানশিন্নগা চংখ্রে ॥৭—৮॥

শৃঙ্গী! নংগী নপা মৌনীমু তুমিন্না কমদুনা লৈহৌই, নিংথৌসু মাগী হস্তিনাপুররোমদা অদুমক চংখ্রে ॥৯॥ সৌতিনা হায়খি— মপাগী ভকশমদা নিংথৌনা অশিবা লিল অমা য়ানশিন্নগা চংখ্রে হায়বা বা অসি তাবদা শৃঙ্গীনা মৈ হৌনা শাওখ্রে, মমিৎ অমি অদু অশাওবনা ঈ কাখ্রে। শাওগল্লবা তেজ কল্লবা, শৃঙ্গীনা শাওনা শাওনা মখুত্তা ঈশিং কৌদুনা আচমন তৌদুনা পরীক্ষিৎ নিংথৌরোমদা অভিশাপ তৌখি। শৃঙ্গীনা অসুম হায়খি— ঐগী ইপাদি খোইনা অহল ওইরবনি, অদুগী মথক্তা মৌনব্রতগা লোয়ননা কল্লবা তপস্যা তৌরি, অসিগুম্বা অবস্থাদা লৈরিবা ইপাগী ভকশমদা লিল অশিবা য়াল্লমই হায়রিবা পাপ চেনবা নিংথৌ অদো ভজিদগী তরেৎনি গুবা মুমিত্তা তেজ লৈরবা মহূ কল্লবা খোইদোল্লা শাওগল্লবা লিল নিংথৌ তক্ষকনা ঐগী ৱাহৈ অনিনা পুনখিদুনা ব্রাহ্মণবু লংনবা—চোপহনবা, কুরু শাগৈবু মকহল্লবা পাপী ওইরবা নিংথৌ অদুবু যমালয়দা পোল্লনা থাখিবা ওইগনু ॥১০—১৪॥ সৌতিনা হায়খি— খোইদোল্লা শাওগল্লবা শৃঙ্গীনা শাপ তৌরল্লগা মপাগী মফমদা চংখি; মপানা অশিবা লিল অদুবু ভকশমদা য়াম্নুনা বগজেনবুং অদুদা তুমিন্না ফমদুনা লৈরমলে। মাদু উবদা শৃঙ্গীনা খোইদোল্লা অমুক শাওখ্রে। দুঃখ্ৰায়মনখিদুনা তারকলিবা মিতুগী পি অদুবু তৈথোক্লদুনা মপাদা হায়রকই। পিতৃদেব! কল্লবা নিংথৌ পরীক্ষিৎনা ইপাদা তৌরমলিবা অপমান অসি তাবদা দুঃখাইমনখিদুনা শাপ তৌখোকখ্রে ॥১৫—১৭॥ মরমদি, কুরুবংশোগী তোল্লবা নিংথৌ অসে আকিল্লী মথক কল্লবা শাপ অমি কহবা রাজিক চাবমনি, মরম অমনা ভজিনবী অয়েৎনিঙ্গদা

রাজ্ঞা পরীক্ষিতা কোপাদশপং তমহং নৃপম্ ॥১৭॥

যথার্হতি স এবোগ্রং পাপং কুরুকুলাধমঃ। সপ্তমেঽহনি তং পাপং তক্ষকঃ পন্নগোত্তমঃ ॥১৮॥

বৈবস্বতস্য সদনং নেতা পরমদারুণম্। তমব্রবীৎ পিতা ব্রহ্মংস্তথা কোপসমন্বিতম্ ॥১৯॥

শমীক উবাচ।

ন মে প্রিয়ং কৃতং তাত ! নৈষ ধর্ম্মস্তপস্বিনাম্। বয়ং তস্য নরেন্দ্রস্য বিষয়ে নিবসামহে ॥ ২০ ॥

ন্যায়তো রক্ষিতাস্তেন তস্য পাপং ন রোচয়ে। সর্ব্বথা বর্ত্তমানস্য রাজ্ঞো হ্যস্মদ্বিধৈঃ সদা ॥ ২১॥

ক্ষন্তব্যং পুত্র ! ধর্ম্মো হি হতো হন্তি ন সংশয়ঃ। যদি রাজা ন সংরক্ষেৎ পীড়া নঃ পরমা ভবেৎ ॥২২॥

ন শক্নুয়াম চরিতুং ধর্ম্মং পুত্র ! যথাসুখম্। রক্ষ্যমাণা বয়ং তাত ! রাজভির্ধর্ম্মদৃষ্টিভিঃ ॥২৩॥

চরামো বিপুলং ধর্ম্মং তেষাং ভাগোঽস্তি ধর্ম্মতঃ। সর্ব্বথা বর্ত্তমানস্য রাজ্ঞঃ ক্ষন্তব্যমেব হি ॥২৪॥

পরীক্ষিত্তু বিশেষেণ যথাস্য প্রপিতামহঃ। রক্ষত্যস্মাংস্তথা রাজ্ঞা রক্ষিতব্যাঃ প্রজা বিভো ! ॥২৫॥

তেনেহ ক্ষুধিতেনাদ্য শ্রান্তেন চ তপস্বিনা। অজানতা কৃতং মন্যে ব্রতমেতদিদং মম ॥২৬॥

অরাজকে জনপদে দোষা জায়ন্তি বৈ সদা। উদ্বৃত্তং সততং লোকং রাজা দণ্ডেন শাস্তি বৈ ॥২৭॥

---

সুমিত্তা লিল নিংথৌ তক্ষকনা পাপ চেল্লবা নিংথৌ অদুবু অকিবগী মশক ওইরবা যমালয়দা থাখ্রগনি। মহর্ষি শৌনক ! অদুমনা শাওরবা মচা শৃঙ্গীদা মপা শমীকনা হায়খি—ইবুংঙো ! নংনা তৌবিখ্রবা থবক অসে ইপাদি কযা য়ানিংদে, তপস্বীনা অমদি তপস্বীগী মচানা অসুক শাওবা হৌনবরা ? অদুদি লাইরদুনা ঐখোযদি মাগী লৈবাক্তা প্রজা ওইনা লৈরিবনি। মহাকনা ঐখোয়বু অচুম্বা ন্যায় বিচার তৌদুনা ডাক্লি। মতমলৈবাখিবিক্তা তপস্বী ঐখোয়গা ইতিন্দ তিন্নদুনা লৈরিবনি, মরম অদুনা অসিগুম্বা নিংথৌবু অৱাবা তাহনবসি ঐদি য়ানিংদে।১৮—২১॥ ইবুংঙো ! মফম পুমনমক্তা মীগী অরানবা কোকপিগদৌবনি, মাসিনা অথোইবা ধর্ম্ম'নি, ধর্ম্ম অসিমু মাংহল্লবদি নশাগী অমাংবনি ঐনা হায়রিবসে থক চিংনগনু। নিংথৌনা ঐখোয়বু ঙাকপিরবদা ঐখোয়না অদুমনা লাইনিংদুনা লৈবসি ঙমগদরা ? নহাক্না অৱাবা খুদোংথিবা থোক্লগদৌবনি ॥২২॥ অদুগা শৃঙ্গী ! নিংথৌনা ঐখোয়বু ঙাকপিরমগ্রবদা ঐখোয়না অসুক য়ামনা হুংগাইনা ধর্ম্মগী থবক পুমনমক অসি তৌবা ঙমলমলোইদবনি। ইবুংঙো ! ধর্ম্ম খংবা নিংথৌশিংনা ঐখোয়বু ঙাকপিবদগী ঐখোয়সু ধর্ম্ম তানবা ঙমলিবনি। মরম অদুনা ঐখোয়না তানলিবা পুণ্য কর্ম্মগী ফল অসিদা মখোয়গী ফংফম শরুক য়াওরিবনি। মরম অদুনা ধর্ম্ম খংনা লৈবাক ঙাকলিবা নিংথৌনা তৌরকপা অশোয় অভাম্বা কোংগাই ঙাকপিবনা চুম্‌ই ॥২৩—২৪॥

শাওগাল্লবা শৃঙ্গী। "নিংথৌনা প্রজাবু ঙাককদবনি" হায়বা অসিগুম্বা নিয়ম লৈবনা পরীক্ষিৎ অজিগী মবুথৌ পাণ্ডুনা ঐখোয়বু য়োক থাকখিবা অদুগুমনা মশু পরীক্ষিৎ অসিনসু ঐখোয়বু য়াম্না নিংথিনা ঙাকশোল্লি ॥২৫॥ লামলবা, মপা চোকথরবা পরীক্ষিৎনা ঙসি ঐগী আশ্রমদা লাকচুনা ঐনা মৌনব্রত তৌহনা লৈরি হায়বসি খংদবনা ফত্তবা কর্ম্ম অমবুদি তৌরমলে, মাহসু ঐ খংনবা নত্তে ॥২৬॥ লৈবাক্তা নিংথৌ লৈত্রবদা মফম অরামবদা মতম লৈবা থিবিক্তা হয়ান-চিনথিবগী মশিং [illegible]। অদুগা নিংথৌ অদু লৈরবদি অচুম্বা দণ্ড বিথিনা কত্তবশিংবু শাসন

দণ্ডাৎ প্রতিভয়ং ভূয়ঃ শান্তিরুৎপদ্যতে তদা। নোদ্বিগ্নশ্চরতে ধর্ম্মং নোদ্বিগ্নশ্চরতে ক্রিয়াম্ ॥২৮॥
রাজ্ঞা প্রতিষ্ঠিতো ধর্ম্মো ধর্ম্মাৎ স্বর্গঃ প্রতিষ্ঠিতঃ। রাজ্ঞো যজ্ঞক্রিয়াঃ সর্ব্বা যজ্ঞাদ্দেবাঃ প্রতিষ্ঠিতাঃ ॥২৯॥
দেবাদ্বৃষ্টিঃ প্রবর্ত্তেত বৃষ্টেরোষধয়ঃ স্মৃতাঃ। ওষধিভ্যো মনুষ্যাণাং ধারয়ন্ সততং হিতম্ ॥৩০॥
মনুষ্যাণাঞ্চ যো ধাতা রাজা রাজ্যকরঃ পুনঃ। দশশ্রোত্রিয়সমো রাজা ইত্যেবং মনুরব্রবীৎ ॥৩১॥
তেনেহ ক্ষুধিতেনৈত্য শ্রান্তেন মৃগলিপ্সুনা। অজানতা কৃতং মন্যে ব্রতমেতদিদং মন ॥৩২॥
কস্মাদিদং ত্বয়া বাল্যাৎ সহসা দুষ্কৃতং কৃতম্। ন হ্যর্হতি নৃপঃ শাপমস্মত্তঃ পুত্র! সর্ব্বথা ॥ ৩৩ ॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
আস্তীকে পরীক্ষিচ্ছাপো নাম ষট্ত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

—=:(*):=—

তৌরগা লৈবাক্তা শান্তি পী ॥ ২৭ ॥ অত্তাকপা য়াওদবা পুকচেল মান্নদবা, প্রজাশিংনা মানা মানা থোকপা তৌনরব্রবদা দণ্ডপিবা ভম্বামী অতুমা লৈরবদি মাগী দণ্ড অহবু কিতুনা লৈবাক্তা শান্তি ওইবগী মরি অমদি তন্তুনা অদুমক লৈ। অতুগুম্বা শাসক অতুনা লৈত্রবদা মনিংমথা তমলবা হুরানবা ডাকুশিংবু কিবনা প্রজা কনাসু ধর্ম্ম কর্ম্মগী উৎসবনচিংবা থবক অমতসু পাংথোকপা ঙমলোইদবনি ॥ ২৮ ॥ নিংথৌনা ধর্ম্মবু ডাকই, ধর্ম্ম অহগী লম্বী চৎলগা মীওইবা প্রজানা স্বর্গ ফংনৈ, অহগা নিংথৌদগী ফংলকপা মচাক্লা যজ্ঞ তৌনৈ, তৌরিবা যজ্ঞ অতুনা মরম ওইদুনা স্বর্গদ দেবতাশিংনা লেমনা পাললি ॥২৯॥ ইন্দ্রনাচিংবা দেবতাদগী বৃষ্টি পোকই, বৃষ্টিদগী মহৈ মরোং পোকই। মহৈমবোং অতুনা চিঙ্গাক ওইদুনা নিংথৌনা প্রজা পুম্নমককী মঙ্গলগী থবক তৌগ্নিবনি, ধর্ম্ম থংবা নিংথৌ অমগা বেদ থংবা ব্রাহ্মণ তরাগা অক্মানি। অসি মনুনা হায়খিবা বানি ॥৩০,৩১॥ নিংথৌ পরীক্ষিৎনা মৃগয়া চৎলুবতুদা ব্বারহুনা অরাম খৌরাংবনা ঐগী আশ্রমদা লাকখিবনি; ঐনা মৌনব্রত তৌদুনা লৈ হায়বসি খংদবনা নত্তবা কর্ম্ম অসি তৌখি মাল্লে হায়না ঐনা খল্লি ॥৩২॥

* মরম অতুনা ইবুংঙো! ঋষি ওইহনসু অঙাং ওইবনা অঙাং ওইবা চনিং তাদবা তুহা তহাবনা অকিবগী মশক ফংলবা শাপ অহ নিংথৌ অতুদা তৌকরিবনো? নিংথৌ অদো করিগুম্বা শাপ অমা ফংবদা মতিক চাবা নিংথৌ নত্তে ॥ ৩৩ ॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারতত্তা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদিপর্ব্বদা আস্তীকপী মতাংদা পরীক্ষিৎ শাপ কৌবা কুন্থ্রাতরুক শুবা অধ্যায় লোইরে

* টীকা — হায়বদি [ বুভুক্ষিতঃ কিং ন করোতি পাপম্ ] হায়বা অতুনি। মশিগী অর্থদি লামলবা মীনা তৌখিদবা করম্বা লৈবগে? ঋষি অসিনা মৌনী ওইহনা লৈহৌবনা অতিথি ওইনা লাকপা নিংথৌবু উহৈ অমতা ফাও পিরদুনা অতিথিগী সেবা তৌবা অমহৌদ্রে হায়দুনা মথাবু খিজন্ন তৌরি ॥

—:•:—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব—আস্তীকে কাশ্যপাগমনম্

(কুন্থ্রাতরেরগুবা অথ্যায়)

—(*)—

শৃঙ্গ্যুবাচ।

যদ্যেতৎ সাহসং তাত। যদি বা দুষ্কৃতং কৃতম্। প্রিয়ং বাপ্যপ্রিয়ং বা তে বাগুক্তা ন মৃষা ভবেৎ ॥১॥

নৈবান্যথেদং ভবিতা পিতরেষ ব্রবীমি তে। নাহং মৃষা ব্রবীম্যেবং স্বৈরেষপি কুতঃ শপন্ ॥২॥

শমীক উবাচ।

জানাম্যুগ্রপ্রভাবং ত্বাং তাত। সত্যগিরং তথা। নানৃতঞ্চোক্তপূর্ব্বং তে নৈতন্মিথ্যা ভবিষ্যতি ॥৩॥

পিত্রা পুত্রো বয়স্থোঽপি সততং বাচ্য এব তু। যথা স্যাদ্‌গুণসংযুক্তঃ প্রাপ্নুয়াচ্চ মহদ্‌যশঃ ॥৪॥

কিং পুনর্ব্বাল এব ত্বং তপসা ভাবিতঃ সদা। বর্দ্ধতে চ প্রভাবতাং কোপোঽতীব মহাত্মনাম্ ॥৫॥

সোঽহং পশ্যামি বক্তব্যং ত্বয়ি ধর্ম্মভৃতাং বর!। পুত্রত্বং বালতাঞ্চৈব তবাবেক্ষ্য চ সাহসম্ ॥৬॥

---

শৃঙ্গীনা হায়খি— পিতৃদেব! করিগুম্বা ঐনা থবক অসি ব্বাথল খন্দনা তৌকরবা নত্রগা ঐনা তৌরুরিবা থবক অসি পাপপু ওইরবস্থু পুন্যবু ওইরবস্থু, ইপানা য়াবা ওইরবস্থু নত্রগা যাদববু ওইরবস্থু ঐনা হায়খিত্রবা তৌখিবা শাপ অদুদি লেমনা থক মাংলোই ॥১॥ পিতৃদেব! ঐনা হায়জরিবা অসিনি নিংথৌদা ঐনা তৌখিবা শাপ অদুদি থুক অরেম্বদা মাংলোই। মরমদি ঐ অসি নোকমিন্নবা ফাগী তৌমিন্নবা মতম ম্মাওবদা মীনম্বা থক ভাংত্রিবনি অদুনদি থব্বাই হকচাং অমতা ওইনা তৌখিবা শাপশু করমনা অরেম্বদা মাংগনি ॥ ২॥ শমীকনা হায়খি— ইবুংঙো! নংগী তপস্যাগী শক্তি অসি অকিবগী মশক্তি অদুগা মংদি অচুম্বা ভাংবা নিপা অমনি, মমাংঙৈদগী হোনা করিগুম্বা মতমদা মীনম্বা ভাংখিত্রিবনি; অদুনদি নংগুম্বনা তৌখিবা শাপ অরেম্বদা থক মাংলোই হায়বসি ঐ খংই ॥ ৩ ॥ অদুমখি ওইরবদা মচানা য়ামনা গুণবান ওইরবদা মপা মমানা অথোইবা মিংচৎ ফংভি, মরম অদুনা মচানা অহল ওইরবা কাউবদা মপানা শাসন তৌবদা থক কায়রে ॥৪॥ নংদি অঙাংনি, অঙাংনিদি হায়রবু তপস্যাগী শক্তিনা নতিক নগুণ চাউরে। নংবু শাসন তৌবদি চুমত্রবরা? য়েংউ— আদা কমলিবা মহাত্মাশিং অসে তপস্যাগী পাঙ্গলা মতিক মগুণ চাউরেদি হায়রবু, অশাওবগী শক্তি অরম অহম [illegible] ॥৫॥ ধর্ম্ম চেনবশিংদগী অথোইবা! নংগী নকমদা হৌজিক কাউবদা মচা ওইবগী মতৌ, অমং ওইবগী [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] হায়বা, অদুমদি অদুম্বক লৈরি;

স ত্বং শমপরো ভূত্বা বন্যমাহারমাচরন্ । চর ক্রোধমিমং হত্বা নৈবং ধর্ম্মং প্রহাস্যসি ॥৭॥

ক্রোধো হি ধর্ম্মং হরতি যতীনাং দুঃখসঞ্চিতম্ । ততো ধর্ম্মবিহীনানাং গতিরিষ্টা ন বিদ্যতে ॥৮॥

শম এব যতীনাং হি ক্ষমিণাং সিদ্ধিকারকঃ । ক্ষমাবতাময়ং লোকঃ পরশ্চৈব ক্ষমাবতাম্ ॥৯॥

তস্মাচ্চরেথাঃ সততং ক্ষমাশীলো জিতেন্দ্রিয়ঃ । ক্ষময়া প্রাপ্স্যসে লোকান্ ব্রহ্মণঃ সমনন্তরান্ ॥১০॥

ময়া তু শমমাস্থায় যচ্ছক্যং কর্ত্তুমদ্য বৈ । তৎ করিষ্যামহং তাত ! প্রেষয়িষ্যে নৃপায় বৈ ॥১১॥

মম পুত্রেণ শপ্তোঽসি বালেনাকৃতবুদ্ধিনা । মমেমাং ধর্ষণাং ত্বত্তঃ প্রেক্ষ্য রাজন্নমর্ষিণা ॥১২॥

সৌতিরুবাচ ।

এবমাদিশ্য শিষ্যং স প্রেষয়ামাস সুব্রতঃ । পরীক্ষিতে নৃপতয়ে দয়াপরো মহাতপাঃ ॥১৩॥

সন্দিশ্য কুশলপ্রশ্নং কার্য্যবৃত্তান্তমেব চ । শিষ্যং গৌরমুখং নাম শীলবন্তং সমাহিতম্ ॥১৪॥

সোঽভিগম্য ততঃ শীঘ্রং নরেন্দ্রং কুরুবর্দ্ধনম্ । বিবেশ ভবনং রাজ্ঞঃ পূর্ব্বং দ্বাঃস্থৈর্নিবেদিতঃ ॥১৫॥

অতুনদি নংঙোন্দা ঐনা উপদেশ পীবা য়'রি হায়বসি ঐনা খংভি ॥ ৬॥ মতম লৈবা খিবিক্তা শান্তিগী মশক ওইদুনা, বনগী উহৈ চাদ্‌না, অশাওবা অসিবু মরু কংনা ফুক্তোকতুনা বনদা কোয়চৎ চংদুনা লৈয়ু ; অদুম তৌরবাতদা অশেংবা তপস্বী ওইগনি, নংগী ধর্ম্ম খক মাংবা ওইরোই ॥৭॥ স্বর্গ পাম্বা মীশিংনা য়ামনা ৱানা তাঞ্জখিবা পুন্যশিং অদো অশাউবনা খুদক্তা লোয়না মাংহল্লি। অদুগী মতুংদদি ধর্ম্ম লেত্তবা মীশিংগী নিংজবা স্বর্গ ফংবা হায়বদো খক য়াদে ॥ ৮॥ শাউদবা তপখবা গুণতনা ইন্দ্রি খুদুম চনবা, ঙাকপিহৈবা, নীংবা পুন্নমক থুংহল্লি। অদুগা ঙাকপিহৈবা মীশিংগী মকমদা ইহলোক পরলোক অনিমক শুংঙায়বগী মশক ওই ॥ ৯॥ অদুনা শাওগন্দবা ঙাকপি হৈবা অমদি ইন্দ্রিয় খুদুম চনবা হায়বদো নং ওইয়ু, অদুম তৌনা তপস্যা তৌদুনা বনদা লৈয়ু। অদুম তৌরবাতদা ঙাকপি হৈবগী গুণ অদুনা মরম ওইদুনা ব্রহ্মাগী থৱাইদগী মনাক নকপা অদু নংনা শোয়দনা ফংবা ঙমগদি ॥১০॥ ইবুংঙো ' ঐনা ঙসি ঙাকপি হৈবা শান্তিগী গুণতনা ঐনা হেক ঙমদো তৌগে য়েংঙু ; নিংথৌ পরীক্ষিৎকী মকমদা নংগী অভিশাপকী পাউ অসি থাখ্রগে ॥১১॥ অমুক হায়না হায়খিগে— মহারাজ ! মহারাজনা ঐবু উশিত্তদুনা লংনখিবা অমদি চোপহলখিবা অদু খংখিদুনা, শাওগন্নবা মপুং কানা শিক্ষিত ওইদ্রিবা ঐগী অঙাং ওইরিবা ইচানা শাওদুনা শাপ তৌখ্রবনি ॥ ১২ ॥

সৌতিনা হায়খি— ব্রত কান্নবা মহাতপস্বী ওইরবা শমীকনা থৌজালগী মথা গোনখিদুনা হায়রিবা পাউ অসিমক শিষ্য অমদা হায়দুনা থাখি, অদুগী মতুংদা নিংথৌগী মঙ্গল ওইনবা অমদি তৌগদৌবা থবক পুমনমককী হিরম পুমনমক হংননবগী য়াথং পিরবদা লমচৎ ফজরবী হৌনবী থংলবা গৌরমুখ কৌবা শিষ্যবু পরীক্ষিৎ নিংথৌগী মকমদা থাখি ॥ ১৩ ১৪ ॥ অদুগী মতুংদা থুনা য়াংনা নিংথৌ পরীক্ষিৎকী কোন্নুংদা থুংখি ; থোংঙাকপাশিংনা মহাকনা লাকপগী পাউ অদু নিংথৌদা হংগৎখি, নিংথৌগী য়াথং ফংদুনা কোন্নুং মনুংদা গৌরমুখবু পুশিনখি ॥১৫॥

পূজিতস্তু নরেন্দ্রেণ দ্বিজো গৌরমুখস্তদা। আচখ্যৌ চ পরিশ্রান্তো রাজ্ঞঃ সর্ব্বমশেষতঃ।
শমীকবচনং ঘোরং যথোক্তং মন্ত্রিসন্নিধৌ।।১৬।।

গৌরমুখ উবাচ.

শমীকো নাম রাজেন্দ্র! বর্ত্ততে বিষয়ে তব। ঋষিঃ পরমধর্ম্মাত্মা দান্তঃ শান্তো মহাতপাঃ।।১৭।

তস্য ত্বয়া নরব্যাঘ্র! সর্পঃ প্রাণৈর্বিযোজিতঃ। অবসক্তো ধনুষ্কোট্যা স্কন্ধে মৌনান্বিতস্য চ॥১৮॥

ক্ষান্তবাংস্তব তৎ কর্ম্ম পুত্রস্তস্য ন চক্ষমে। তেন শপ্তোঽসি রাজেন্দ্র! পিতুরজ্ঞাতমদ্য বৈ।।১৯।।

তক্ষকঃ সপ্তরাত্রেণ মৃত্যুস্তব ভবিষ্যতি। তত্র রক্ষাং কুরুষ্বেতি পুনঃ পুনরথাব্রবীৎ।।২০।।

তদন্যথা ন শক্যঞ্চ কর্ত্তুং কেনচিদপ্যুত। নহি শক্নোতি তং যন্তুং পুত্রং কোপসমন্বিতম্।
ততোঽহং প্রেষিতস্তেন তব রাজন্! হিতার্থিনা॥২১॥

সৌতিরুবাচ।

ইতি শ্রুত্বা বচো ঘোরং স রাজা কুরুনন্দনঃ। পর্য্যতপ্যত তৎ পাপং কৃত্বা রাজা মহাতপাঃ॥২২॥

তঞ্চ মৌনব্রতং শ্রুত্বা বনে মুনিবরং তদা। ভূয় এবাভবদ্রাজা শোকসন্তপ্তমানসঃ॥২৩॥

---

পরীক্ষিৎ নিংথৌনা পূজাগী হৌনবী পাম্ব, অর্ঘ্যনচিংবা পোৎলমনা চোকথরবা লম্বী চৎপগী য়্বারক্লবা গৌরমুখবু তরাম তরামনা স্বাগত তৌথি, অদুগী মতুংদা গৌরমুখনা মন্ত্রীশিংনা কোয়শিল্লবা নিংথৌদা শমীক মুনিগী তমথিরবা অকিবা ফংলবা পাউ অদো মথং মনাও কায়দনা তমথি ॥১৬॥ গৌরমুখনা হায়খি—মহারাজ! মহাবাক্তগী লৈবাক অসিদা য়াম্না ধর্ম্ম খংলবা তপস্যা কল্লবা শমীক কৌবা মহর্ষি অমা লৈ।।১৭।। মহারাজ! মহাক্না মৌনব্রত তৌদুনা ধ্যান তৌদুনা লৈরিঙৈদা মহারাজনা লীকংগী খোংজি নামনা কোত্তুনা লিল অশিবা অমা মাগী ওকশমদা যানশিনবিকরমালে।।১৮।। শমীক হায়বা ঋষি অদুদি মহাককী থাংহৈবা কনবিহৈবা মগুণনা অদুমক তাহ্ননা থাংহনা লৈহৌরি। অদুবু মহাক্কী মচা শৃঙ্গী হায়বা অদুদি মাদু তাহ্ননা থাংহনা লৈবা ঙমখিদবে, মচা অদুনা মপা শমীক খংদ্রিঙৈদা মহারাজগী মফমদা অভিশাপ অমা তৌখ্রমালে ॥১৯॥ করম হায়না অভিশাপ তৌখিবগে হায়ববু— ঙসিদগী তরেৎনি শুবা নুমিত্তা তক্ষক কৌবা লিলনা চীক্নুনা মহারাজগী মৃত্যু ওইসনু অসিনি। শমীক কৌবা ঋষিনা হন্না হন্না হায়জরকপদি ঙসিদগী তরেৎনি শুদ্রিবা ফাওবসি মহারাজনা আত্মরক্ষাগীদমকতা য়াম্না চেকশিন্না লৈবিগনি অসিতনি ॥২০। ক [illegible] অমত্তনা ঋষিকুমার অসিগী শাপপু ঙসি ফাউবা ককথৎপা ঙমদ্রিবনি। করি অমুক হায়রুনি মপা শমীক কৌবা ঋষি মশামকস্তু শাওগল্লবা মচা অসিবু থিংবা ঙমদ্রিবনি। মহারাজ! মহারাজবু কান্নবা মঙ্গলদা থল্লবা ঋষি অসিনা পাউ অসি থর চেকশিনবিনবা হায়দুনা থারকইবনি ॥২১॥

সৌতিনা হায়খি— কুরুশ্যাগৈগী চাওখৎপা শুংঙায়নবগী মশক ওইরবা নিংথৌ পরীক্ষিৎনা অহানবদি মহাকনা তৌরুরিবা পাপকর্ম্ম অসিগীদমক অনুতাপ মথৈতমক তৌরম্মি, অদুবু হৌজিক্তি অভিশাপকী য়্বা অদু তাবলা থমোই শোক্না য়্বাখি ॥২২॥ মৌনী ওইদুনা মহর্ষি শমীকনা ব্রত

তং দদর্শ স নাগেন্দ্রস্তক্ষকঃ কাশ্যপং পথি। গচ্ছন্তমেকমনসং দ্বিজো ভূত্বা বয়োঽতিগঃ ॥৩৬॥
তমব্রবীৎ পন্নগেন্দ্রঃ কাশ্যপং মুনিপুঙ্গবম্। ক্ব ভবাংস্ত্বরিতো যাতি কিঞ্চ কার্য্যং চিকীর্ষতি ॥৩৭॥
কাশ্যপ উবাচ।
নৃপং কুরুকুলোৎপন্নং পরীক্ষিতমরিন্দমম্। তক্ষকঃ পন্নগশ্রেষ্ঠস্তেজসাদ্য প্রধক্ষ্যতি ॥৩৮॥
তং দষ্টং পন্নগেন্দ্রেণ তেনাগ্নিসমতেজসা। পাণ্ডবানাং কুলকরং রাজানমমিতৌজসম্।
গচ্ছামি ত্বরিতং সৌম্য ! সদ্যঃ কর্তুমপজ্বরম্ ॥৩৯॥
বিখ্যাতবিষবিদ্যোঽহং ব্রাহ্মণো লোকপূজিতঃ। অস্মদ্গুরুকটাক্ষেণ কল্যোঽহং বিষনাশনে ॥৪০॥
তক্ষক উবাচ।
অহং স তক্ষকো ব্রহ্মন্! তং ধক্ষ্যামি মহীপতিম্। নিবর্তস্ব ন শক্তস্ত্বং ময়া দষ্টং চিকিৎসিতুম্ ॥৪১॥
কাশ্যপ উবাচ।
অহং তং নৃপতিং গত্বা ত্বয়া দষ্টমপজ্বরম্। করিষ্যামীতি মে বুদ্ধির্বিদ্যাবলসমন্বিতা ॥৪২॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
আস্তীকে কাশ্যপাগমনং নাম সপ্তত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥ ॥



লিল অথোইবা তক্ষকনা পরীক্ষিৎ হেক চীকপদা এৈনা থুনা য়াংনা হু অদু লোখোকতুনা হিংহনগনি, অদু ওইরবদি লল থুমন্নু কংগনি ধর্ম্মগু শুইগনি। অসি খন্দুনা কাশ্যপ কৌবা ব্রাহ্মণ অদু লাক্ক খিবনি ॥ ৩৫ ॥ অসোমদা লিল অথোইবা তক্ষকনু হন্নুরবা ব্রাহ্মণ অমা শাদুনা লাকই, তুম্মিন্না পুকনিং অনি লোংজনা চৎলন্বা কাশ্যপ অসি মানা উথি ॥ ৩৬ ॥ মতম অদুদা তক্ষকনা মুনি অথোইবা কাশ্যপদা হংখি— মহাশয়! অমুক থুনা য়াংনা চৎলিরিবা অসিবু কদায়দনো? করম্বা থবক্তীনো? অমদি করি তৌগে খল্লকদীনো? ॥ ৩৭ ॥ কাশ্যপনা খুমখি— ঙসি লিল নিংথৌ তক্ষকনা মাগী কললবা হুনা কন থৌরবা, য়েকনবা শুমলবা পরীক্ষিৎপু চীকদৌরি ॥ ৩৮ ॥ হে শান্ত মূর্ত্তি ওইববা ব্রাহ্মণ! মৈগী মন্ত্রোগুমনা কল্লবা তেজনা মহাক্কী ওইরবা লিল নিংথৌ তক্ষকনা নিংথৌ অসিবু চীক্লবা কালদা এৈনা পাণ্ডুবংশগী অথোইবা কন থৌরবা পরীক্ষিৎপু হিংহনগে হায়তুনা থুনা য়াংনা চৎলিবনি ॥ ৩৯ ॥ এৈ ব্রাহ্মণনি, হুগী বিদ্যা য়ামনা হৈতুনা মী পুমনমকনা এৈবু য়ামনা লুনা তৌই ; গুরুগী কৃপাদগী লিল চীকপগী লাইয়েংবসি মুন্না খংই ॥ ৪০ ॥ তক্ষকনা হায়খি— ব্রাহ্মণ! তক্ষক হায়রিবদো এৈনি, এৈনা এৈগী কল্লবা হুনা পরীক্ষিৎপু শোয়দনা চীক্কনি। অতুনা হনখিরো কান্নরোই, চীকখ্রবদা কনানম্নু লাইয়েংবা ঙম্নরোই ॥ ৪১ ॥ কাশ্যপনা হায়খি— নংনা চীক্লবা নিংথৌদো এৈনা হিংহনগদৌরিসনি ; বিদ্যাগী পাঙ্গনা এৈসু মাহ শোয়দনা অমমনি অমনা খালিবা অমনি ॥ ৪২ ॥
মসুং অসিদা শ্রীমহাভারতগী লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদি পর্ব্বদা আস্তীকপর্ব্বগী মনুংদা কাশ্যপাগমন কৌবা কুন্থ্রাঙেশুন্বা অধ্যায় লোইরে ॥



# শ্রীমহাভারতম্।

## আদি পর্ব্ব—আস্তীকে তক্ষকদংশো।

( কুনথরানিপান শুবা অধ্যায়ঃ )

—————:(*):—————

তক্ষক উবাচ।

যদি দষ্টং ময়েহ ত্বং শক্তঃ কিঞ্চিচ্চিকিৎসিতুম্। ততো বৃক্ষং ময়া দষ্টমিমং জীবয় কাশ্যপ! ॥১॥

পরং মন্ত্রবলং যত্তে তদ্দর্শয় যতস্ব চ। ন্যগ্রোধমেনং ধক্ষ্যামি পশ্যতস্তে দ্বিজোত্তম! ॥২॥

কাশ্যপ উবাচ।

দশ নাগেন্দ্র! বৃক্ষং ত্বং যদ্যেতদভিমন্যসে। অহমেনং ত্বয়া দষ্টং জীবয়িষ্যে ভুজঙ্গম! ॥৩॥

সৌতিরুবাচ।

এবমুক্তঃ স নাগেন্দ্রঃ কাশ্যপেন মহাত্মনা। অদশদ্বৃক্ষমভ্যেত্য ন্যগ্রোধং পন্নগোত্তমঃ ॥৪॥

স বৃক্ষস্তেন দষ্টস্তু পন্নগেন মহাত্মনা। আশীবিষবিষোপেতঃ প্রজজ্বাল সমন্ততঃ ॥৫॥

তং দগ্ধ্বা স নগং নাগঃ কাশ্যপং পুনরব্রবীৎ। কুরু যত্নং দ্বিজশ্রেষ্ঠ! জীবয়ৈনং বনস্পতিম্ ॥৬॥

সৌতিরুবাচ।

ভস্মীভূতং ততো বৃক্ষং পন্নগেন্দ্রস্য তেজসা। ভস্ম সর্ব্বং সমাহৃত্য কাশ্যপো বাক্যমব্রবীৎ ॥৭॥

---

তক্ষকনা কাশ্যপতা হায়খি—ঐনা চিকপামথৈ নংনা লাইয়েংতুনা ফহনবা ঙম্লবদি ঐ উ অসিবু হৌজিক চিকথৎকে য়েঙু, ঙম্লবদি মাসিবু হিংহল্লু ॥১॥ মন্ত্রদা নংনা হেক কৈবগী শক্তিদো উৎলু; মাদু ঙম্লবা য়াম্ন কম্নসু হোৎনজো নমাংমক্তনা বট পাম্বী অসে চিক্তুনা চাকথেকহনগেকো য়েংঙু তক্ষককী ৱা তাবদা কাশ্যপনা হায়—লিলগী নিংথৌ। নংনা অহ যৌনা নাপল ত্তৌরবদি বট পাম্বী অসি চিকলো, ঐসু মাসিবু মন্ত্রনা অমুক হিংহনগে য়েঙু ॥৩॥ সূতগী মচানা হায়খিঃ—পুকচেল চাওম্নবা কাশ্যপনা অসি হায়রবদা লিল পূম্বগী অথোইবা তক্ষকনা চংশিন্দুনা বট পাম্বীদু চিকথৎ লুরে ॥৪॥ কম্লবা তক্ষকনা চিকপদা বট পাম্বীদু কম্লবা লিলগী হূনা য়ৈবনা, উগী মমম্ন পূম্বদা পূমচাক চাকথেকলক্রে ॥৫॥ লিল অহনা উ অতুবু চাবথেকহল্লগা কাশ্যপতা অমুক হায়রকই:—ব্রাহ্মণ অথোইবা! হোৎনরো, উ অসে হিংহল্লো ॥৬॥ শ্রীসৌতিনা হায়খিঃ—লিল নিংথৌগী হূগী মৈনা বট

বিদ্যাবলং পন্নগেন্দ্র! পশ্য মেঽদ্য বনস্পতৌ। অহং সঞ্জীবয়াম্যেনং পশ্যতস্তে ভুজঙ্গম! ॥৮॥
ততঃ স ভগবান্ বিদ্বান্ কাশ্যপো দ্বিজসত্তমঃ। ভস্মরাশীকৃতং বৃক্ষং বিদ্যয়া সমজীবয়ৎ ॥৯॥
অঙ্কুরং কৃতবাংস্তত্র ততঃ পর্ণদ্বয়ান্বিতম্। পলাশিনং শাখিনঞ্চ ততো বিটপিনং পুনঃ ॥ ১০ ॥
তং দৃষ্ট্বা জীবিতং বৃক্ষং কাশ্যপেন মহাত্মনা। উবাচ তক্ষকো ব্রহ্মন্! নৈতদত্যদ্ভুতং ত্বয়ি ॥১১॥
দ্বিজেন্দ্র! যদ্বিষং হন্যা মম বা মদ্বিধস্য বা। কঃ ত্বমর্থমভিপ্রেপ্সুর্যাসি তত্র তপোধন! ॥১২॥
যত্তেঽভিলষিতং প্রাপ্তুং ফলং তস্মান্নৃপোত্তমাৎ। অহমেব প্রদাস্যামি তত্তে যদ্যপি দুর্লভম্ ॥১৩॥
বিপ্রশাপাভিভূতে চ ক্ষীণায়ুষি নরাধিপে। ঘটমানস্য তে বিপ্র! সিদ্ধিঃ সংশয়িতা ভবেৎ ॥১৪॥
ততো যশঃ প্রদীপ্তং তে ত্রিষু লোকেষু বিশ্রুতম্। নিরংশুরিব ঘর্ম্মাংশুরন্তর্দ্ধানমিতো ব্রজেৎ ॥১৫॥

কাশ্যপ উবাচ।

ধনার্থী যাম্যহং তত্র তন্মে দেহি ভুজঙ্গম!। ততোঽহং বিনিবর্ত্তিষ্যে স্বাপতেয়ং প্রগৃহ্য বৈ ॥১৬॥

তক্ষক উবাচ।

যাবদ্ধনং প্রার্থয়সে তস্মাদ্রাজ্ঞস্ততোঽধিকম্। অহমেব প্রদাস্যামি নিবর্ত্তস্ব দ্বিজোত্তম! ॥১৭॥

সৌতিরুবাচ।

তক্ষকস্য বচঃ শ্রুত্বা কাশ্যপো দ্বিজসত্তমঃ। প্রদধ্যৌ সুমহাতেজা রাজানং প্রতি বুদ্ধিমান্।
দিব্যজ্ঞানঃ স তেজস্বী জ্ঞাত্বা তং নৃপতিং তদা ॥১৮॥
ক্ষীণায়ুষং পাণ্ডবেয়মপাবর্ত্তত কাশ্যপঃ। লব্ধ্বা বিত্তং মুনিবরস্তক্ষকাদ্যাবদীপ্সিতম্ ॥১৯॥

---

পাম্বী অহ উৎ ওইনা তারে অতুদগী কাশ্যপনা উৎ পুম্নমক থোমজিন্নগা ৱা অসি হায়খি ॥৭॥ লিলগী নিংথৌ। উদা হৈবা ঐগী বিদ্যাগী পাঙ্গল অসে ঙসি য়েংঙু, নমাংমক্তদা মাসিবু অমুক হিংহনগে য়েংঙু ॥৮॥ অদুদগী মন্ত্র হৈরবা ভগবান্ কাশ্যপনা উৎকী মপৈ ওইখ্রবা উ অদুবু মহৈগী পান্থেনা অমুক হিঙ্গৎহল্লে।৯॥ অহানবদা ময়োল চোংহল্লি, অদুদগী মনা অনি পালহল্লি, অদুদগী মনা মথং মথং পালহল্লি অদুগী মতুংদা মশা মচা মচা চোংথোকহললি, থর লৈরগা মনা মশা পূংলবা উ পাম্বী অমা ওইহল্লে ॥১০॥ মহাত্মা ওইরবা কাশ্যপনা হিংহললবা উ অহ উবদা তক্ষকনা হায়—ব্রাহ্মণ! নংদি ব্রহ্মাগা অক্ষানি মাসি নভোন্দা থোইনা ঙকফম থোক্তে ॥১১॥ হে ব্রাহ্মণ! ঐগী অমদি ঐগুম্বগী হূবু মাংহনবা ঙমলে অদু ওইরবদি হে তোপ কললবা! করি অমুক নংগী অপাম্বা লৈদ্না মফম অদ্দা চৎলিবনো? ১২॥ নিংথৌ অদগী মফমদগী করিগুম্ব অম ফংনিংদ্না চৎলিবনো, ফনা য়াম্না ফংঙমদবা ওইরবসু ঐ মাদ্ নভোন্দা পীগে॥১৩॥ ব্রাহ্মণগী শাপনা নিংথৌ পরীক্ষিৎকী আয়ু তেন থরবনি। ব্রাহ্মণ নংনা মফম অদ্দা চৎথরবদি নংগী নিংবা থুংগনি হায়বদা চিংনয়ে॥১৪॥ ময়োল অহুমদা ফাওরবা নংগী মিংচৎ অদো, তারমদাই সুমিৎকী চাক্রবা লংলবা মঙায় মমশীনথীববগুম জগৎ অসিদগী মাংথীবা তারে ॥১৫॥ কাশ্যপনা হায়— ঐ শেল থর পাম্মি, অদুনা চৎলিবনি, নং মাহ ঐভোন্দা পীয়ু। মাহু পুন্না ঐ অসিদগী হনখ্রগে। তক্ষকনা হায়— হেক পামলিবা শেল অদুদগীসু হেন্না পীজগনি ব্রাহ্মণ ॥১৬-১৭॥ ব্রাহ্মণ অথোইব শিংলবা কাশ্যপনা তক্ষককী ৱা তাবদা নিংথৌ পরীক্ষিৎকী পুনসি লৈরিবরা মরোইরক্রা হায়রবগী মরমদা ধ্যান তৌরম্বাক্লে ॥১৮॥ দিব্যজ্ঞান লৈরবা পাংগললবা কাশ্যপনা

যস্মিন্নেব ফলে নাগস্তমেবাভক্ষয়ৎ স্বয়ম্। ততো ভক্ষয়তস্তস্য ফলাৎ কৃমিরভূদণুঃ ॥৩০॥
হ্রস্বকঃ কৃষ্ণনয়নস্তাম্রবর্ণোহথ শৌনক। স তং গৃহ্য নৃপশ্রেষ্ঠঃ সচিবানিদমব্রবীৎ ॥৩১॥
অস্তমভ্যেতি সবিতা বিষাদদ্য ন মে ভয়ম্। সত্যবাগস্তু স মুনিঃ কৃমিকো মাং দশত্বয়ম্ ॥৩২॥
তক্ষকো নাম ভূত্বা বৈ তথা পরিহৃতং ভবেৎ। তে চৈনমন্ববর্ত্তন্ত মন্ত্রিণঃ কালচোদিতাঃ ॥৩৩॥
এবমুক্ত্বা স রাজেন্দ্রো গ্রীবায়াং সন্নিবেশ্য হ। কৃমিকং প্রাহসত্তূর্ণং মুমূর্ষুর্নষ্টচেতনঃ ॥৩৪॥
প্রহসন্নেব ভোগেন তক্ষকেণ ত্ববেষ্টিতঃ। তস্মাৎ ফলাদ্বিনিষ্ক্রম্য যত্তদ্রাজ্ঞে নিবেদিতম্ ॥৩৫॥
বেষ্টয়িত্বা চ বেগেন বিনদ্য চ মহাস্বনম্। অদশৎ পৃথিবীপালং তক্ষকঃ পন্নগেশ্বরঃ ॥৩৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
আস্তীকে তক্ষকদংশো নামষ্টত্রিংশোহধ্যায়ঃ ॥০॥

—০:০—

মশামক্না চাখ্রে। চারিবা উহৈ অতুদগী পিক্লবা তিল অম থোরকলে ॥ ৩০ ॥ হে শৌনক! অহুদগীদি, তেনপক তেল্লবা মমিৎ মুরবা, কোরি মচু মাল্লবা তিল অদো নিংথৌনা শায়রগা মন্ত্রীশিংদা হাযরকই ॥ ৩১ ॥ নুমিৎ তাবে, শিগনি হায়বা কিবা কোকলে মুনি (শৃঙ্গী) কৌবদুগী ৱা (শাপ) অহুম্ব অচুম্ব ওইরুসনু, অদুনা তিল অসিনা ঐবু চিকচসনু ॥ ৩২ ॥ তিল অসিনা তক্ষক ওইদুনা ঐবু চিকসনু। (হাযবদি তক্ষকনা চিকপা শক্লসনু) মন্ত্রীশিং অদুস্থু কাল কৌরা" লাইনা ইনশিন" খিবনা নিংথৌনা হাযরিবা ৱা অহু য়ারে ॥ ৩৩ ॥

অসি হায়দুনা শিরমদাই য়ৌরবদা অসি কৈ যত্তে খংলবা নিংথৌ অদুনা উকৈ অতুবু থৌরীদা নপতুনা (থমদুনা) ফাক ফাক নোকখি ॥৩৪॥ নোকলিঙৈ তাঙ্গাদ্ মক্কদা তক্ষক কৌবা লিল অদুনা উহৈদ্ দগী থোরক্লুনা মমাংঙৈদা গৌরমুথনা হাযখিবা পুম্বা অমুক তাইন্দুনা মথাগী মূর্ত্তি লৌদুনা নিংথৌদ্ বু য়েৎখ্রে ॥৩৫॥ লিলগী নিংথৌ তক্ষকনা নিংথৌবু কম্না য়েৎশিন্দুনা কল্লবা খোলাও লাও-দুনা চিকলে ॥৩৬॥

মাসিদা শ্লোক লিশিং চামনা থল্লবা শ্রীব্যাসনা লেংবা মহাভারতকী অহানবা পর্ব্বগী
"আস্তীকে তক্ষক দংশ" কৌবা কুন্থ্রানিপাল শুবা অধ্যায় লোইরে॥

—:(*):—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব— আস্তীকে জনমেজয় রাজ্যাভিষেকঃ

( কুমথরাম্পান শুবা অধ্যায় )

—(*)—

সৌতিরুবাচ।

তং তথা মন্ত্রিণো দৃষ্ট্বা ভোগেন পরিবেষ্টিতম্। বিষণ্ণবদনাঃ সর্ব্বে রুরুদুর্ভৃশদুঃখিতাঃ ॥১॥

তং তু নাদং ততঃ শ্রুত্বা মন্ত্রিণস্তে প্রদুদ্রুবুঃ। অপশ্যংস্তু তথা যান্তমাকাশে নাগমদ্ভুতম্ ॥২॥

সীমন্তমিব কুর্বাণং নভসঃ পদ্মবর্চ্চসম্। তক্ষকং পন্নগশ্রেষ্ঠং ভৃশং শোকপরায়ণাঃ ॥৩॥

ততস্তু তে তদ্গৃহমগ্নিনা বৃতং প্রদীপ্যমানং বিষজেন ভোগিনঃ।

ভয়াৎ পরিত্যজ্য দিশঃ প্রপেদিরে পপাত রাজাশনিতাড়িতো যথা ॥৪॥

ততো নৃপে তক্ষকতেজসা হতে প্রযুজ্য সর্ব্বাঃ পরলোকসৎক্রিয়া।

শুচির্দ্বিজো রাজপুরোহিতস্তদা তথৈব তে তস্য নৃপস্য মন্ত্রিণঃ ॥৫॥

নৃপং শিশুং তস্য সুতং প্রচক্রিরে সমেত্য সর্ব্বে পুরবাসিনো জনাঃ।

নৃপং যমাহুস্তমমিত্রঘাতিনং কুরুপ্রবীরং জনমেজয়ং জনাঃ ॥৬॥

স বাল এবার্য্যমতির্নৃপোত্তমঃ সহৈব তৈর্মন্ত্রিপুরোহিতৈস্তদা।

শশাস রাজ্যং কুরুপুঙ্গবাগ্রজো যথাস্য বীরঃ প্রপিতামহস্তদা ॥৭॥

---

সৌতিনা হায়— মতৌ অম্মন্না লিলনা পুময়েৎ য়েৎশিল্লবা নিংথৌবু উরগা মন্ত্রি পুন্নমক মাইথোং লাংশিন্দুনা থোইদোক্লা ঋানা কপখি ॥১॥ লিলগী অঙংবা থোঙ্গেল তাবদা মন্ত্রি পুম্বা কিবনা চেনথোকখ্রে। অঙকপা ফংলবা লিলনা অতিয়াদা পাইদুনা চৎখিবদু উখি ॥২॥ অতিয়া মকোয়বু শিংগ্রেং থায়বগুম থম্বাল মচু মাল্লবা নোংজাবীগী লৈইগুল্লবা, লিল অথোইবা তক্ষকপু থোইদোকনা হুংঙাইতনা মন্ত্রি শিবিক্লা উখি ॥৩॥ লিলগী হূগী মৈনা ঙাল্লবা য়ুম অদু উবদা মী পুম্বা কিবনা মাইকৈ মন্নি ফাংনা চেন্নরে, নিংথৌ অদু বজ্রনা থাবগী মতৌগুম লৈমাইথকতা তাহনা লৈখি ॥৪॥ লিলগী হূনা শিন্নবদা শেংলবা ব্রাহ্মণশিং জাজং পুরোহিত, মন্ত্রীশিং অমদি কোম্মংগী মী পুম্বা তিন্নদুনা পরীক্ষিৎ নিংথৌগী হৌনবী সংস্কারনচিংবা তৌরগা, নিংথৌ মচা অপিশক অঙাং অম্মবু নিংথৌ হাপলে, য়েক্লবা হাংকদৌরিবা, কুরুবংশগী অথোইবা অম্মবু জনমেজয় হুম হায়না কিং থোরে ॥৫—৬॥ অঙাং ওইরিঙৈগী অচুম্বা অফবা পুকচেল চেল্লবা নিংথৌ অহনা অথোইবা নিংথৌ ওথহনা রাজ পুরোহিত অমদি মন্ত্রীশিংগা লোইননা তাথোক তাশিন তৌদুনা কল্লবা মবুথৌ ভীষ্ম অমদি যুধিষ্ঠিরগী মতৌগুম লৈপাক শাকপা

ততস্তু রাজানমমিত্রতাপনং সমীক্ষ্য তে তস্য নৃপস্য মন্ত্রিণঃ।
সুবর্ণবর্ম্মাণমুপেত্য কাশিপং বপুষ্টমার্থং বরয়াং প্রচক্রমুঃ ॥৮॥
ততঃ স রাজা প্রদদৌ বপুষ্টমাং কুরুপ্রবীরায় পরীক্ষ্য ধর্ম্মত'।
স চাপি তাং প্রাপ্য মুদাযুতোঽভবন্ন চান্যনারীষু মনো দধে কচিৎ ॥৯॥
সরঃসু কূলেষু বনেষু চৈব প্রসন্নচেতা বিজহার বীর্য্যবান্।
তথা স রাজন্যবরো বিজহ্রিবান্ যথোর্ব্বশীং প্রাপ্য পুরা পুরূরবাঃ ॥১০॥
বপুষ্টমা চাপি বরং পতিব্রতা প্রতীতরূপা সমবাপ্য ভূপতিম্।
ভাবেন রামা রময়াম্বভূব তং বিহারকালেষবরোধসুন্দরী ॥১১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণিআস্তীকে
জনমেজয়রাজ্যাভিষেকো নামোনচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

হৌখি ॥৭॥ অদুগী মতুংদা মন্ত্রীপূম্বনা য়েরূবাপূম্বা শুমগদবা উরম্বনা নিংথৌ পরীক্ষিৎকীদমক্তা কাশীগী নিংথৌ স্ববর্ণবর্ম্মাগী মফমদা চত্তুনা মাগী মচানুপী বপুষ্টমা কৌবী কন্যাবু হায়জরে ॥৮॥ কাশী নিংথৌনা জনমেজযবু মুম্না পরীক্ষা তৌরগা মচা মুপী বপুষ্টমাবু কুরু শাগৈগী অথোইবা অম্বদা ধর্ম্ম কায়দনা লুহোংহনা পীরে। জনমেজয়সু কন্যা অদুবু ফংবদা থোইদোক্না নুংভাইখি অতোপ্পা কনাগুম্বী অমদা করিগুম্বদা পুক্নিং চংখিদে ॥৯॥ কল্লবা, মথম্বাই নুংভাইরবা অমদি মপুকচেল মক্তুবা নিংথৌ অথোইবা জনমেজয়না, মমাংলৈদা পুরূরবা কৌবা নিংথৌনা উর্ব্বশীগা লোয়ননা শান্নখিবগুম রাজকুমারী বপুষ্টমাগা লোয়ননা পুখ্রিদা অমদি মকাফম্না শাৎলবা লৈনা থল্লবা বন বন খিবিক্তা শান্নখি ॥১০॥ মপুরোইবা নীংলবী থোইনা নিংথিজরবী সতী বপুষ্টমাসু মতিক চারবা বরবু ফংজবদা থোইদোকনা নুংভাইহনা বিহার খিবিক্তা মথল মখা অয়াম্বা ভাবনা নিংথৌবু নুংভাইহনখি ॥১১॥

মাসিদা শ্লোক লিশিং চামনা থল্লবা শ্রীব্যাসনা লেংবা মহাভারতকী অহানবা পর্ব্বগী
"আস্তীকে জনমেজয় রাজ্যাভিষেক" কৌবা ৩৯ শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

—*॰⁂॰*—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদিপর্ব—আস্তীকে জরৎকারুপিতৃদর্শনং

(শিফুশুবা অধ্যায়)

—:*:—

সৌতিরুবাচ ।

এতস্মিন্নেব কালে তু জরৎকারুর্মহাতপাঃ । চচার পৃথিবীং কৃৎস্নাং যত্রসায়ংগৃহো মুনিঃ ॥১॥

চরন্ দীক্ষাং মহাতেজা দুশ্চরামকৃতাত্মভিঃ । তীর্থেষাপ্লবনং কৃত্বা পুণ্যেষু বিচচার হ ॥২॥

বায়ুভক্ষো নিরাহারঃ শুষ্যন্নহরহর্মুনিঃ । স দদর্শ পিতৄন্ গর্ত্তে লম্বমানানধোমুখান্ ॥৩॥

একতন্ত্ববশিষ্টং বৈ বীরণস্তম্বমাশ্রিতান্ । তং তন্তুঞ্চ শনৈরাখুমাদদানং বিলেশয়ম্ ॥৪॥

নিরাহারান্ কৃশান্ দীনান্ গর্ত্তে স্বত্রাণমিচ্ছতঃ । উপসৃত্য স তান্ দীনান্ দীনরূপোঽভ্যভাষত ॥৫॥

কে ভবন্তোঽবলম্বন্তে বীরণস্তম্বমাশ্রিতাঃ । দুর্বলং খাদিতৈর্মূলৈরাখুনা বিলবাসিনা ॥৬॥

বীরণস্তম্বকে মূলং যদপ্যেকমিহ স্থিতম্ । তদপ্যয়ং শনৈরাখুরাদত্তে দশনৈঃ সিতৈঃ ॥৭॥

ছেৎস্যতেঽল্পাবশিষ্টত্বাদেতদপ্যচিরাদিব । ততস্তু পতিতারোঽত্র গর্ত্তে ব্যক্তমধোমুখাঃ ॥৮॥

---

মতম অসিদা জরৎকারু কৌবা তপ কল্লবা মুনিনা পৃথিবী পুম্বা কোযনা চৎলকই, মুমিং হেকতাবা মফমদা ময়ুম ওই॥১॥ তেজ কল্লবা জরৎকারুমুনিনা তৌঙমদ্রবা তপস্যা কযা তৌনা তৌনা তীর্থ অয়াম্বদা স্নান তৌনা তৌনা পৃথিবীগী মকম পুম্বদা কোযরকই॥২॥ নুংশিৎ নত্তন করিমতা চাদবা, নুমিৎ খুদিংগী মশাবু কংশিল হল্লিবা মুনিদুনা নোংমা কোল্লা মখারোমদা ওন্থত্তনা য়ান্দুনা লৈরম্বা শিখিবা মপা-মপু খিবিকপু উরম্মি। পিক্রবা মরি (নশিং) অমতনা য়ান্দুনা লৈরবা উরী অহুদা মকোক মমৈ ওমনা য়াম্থহনা লৈবা মখোয়শিংবু জরৎকারুনা উরম্মি, অদুগা মরি (মশিং). অদুবু মখুন্দা লৈহনা তপ্না তপ্না চিকথৎলম্বা উচি অমবুসু উখি॥৪॥ করিমতা থক চাদ্রবা, ময়াং কংলবা, তোল্লবা মওংদা লৈরবা, মখুল অদুদা তাখিগনি হায়না কিবনা তানিংদহনা লৈরবা মখোযগী মফমদা চংশিন্দুনা জরৎকারুনা নুংশি নুঙ্গোমবা মওং ওইনা মখোয়দা হায়খি॥৫॥ মরা (মশিং) শিং অদুবুসু মখুন্দা লৈবা উচি অমনা চিকথৎলকপনা শোল্লবা উরী মখোক অদুদা নপু্না য়ান্দুনা লৈরিবা নখোয়বু কনা কনানো? ॥৬॥ উরীগী মখোক অদুদসু মরা অমতা মশাইরে লৈরিব', মরাগী মরী অদুবুসু অমুক উচি অমনা মাগী ঙোরবা ময়ানা চিকথৎলি॥৭॥ তৎকদৌবা থজিক্কা মডায়রে হায়দুনা উচি অসিনা মাসিবু য়াম্না থুনা লোইনা চিকথৎলরগনি, অদুদগীদি মরামসু শোয়দনা লৈখুল অসিদা তারগনি॥৮॥ কোক-মৈ ওম্রদুনা য়ান্দুনা লৈরিবা অমদি লৈখুল

তস্ত যে দুঃখমুৎপন্নং দৃষ্ট্বা যুষ্মানধোমুখান্ । কৃচ্ছ্রমাপদমাপন্নান্ প্রিয়ং কিং করবাণি বঃ ॥৯॥

তপসোঽস্ত চতুর্থেন তৃতীয়েনাথবা পুনঃ । অর্দ্ধেন বাপি নিস্তর্ত্তুমাপদং ব্রূত মা চিরম্ ॥১০॥

অথবাপি সমগ্রেণ তরন্তু তপসা মম । ভবন্তঃ সর্ব্ব এবেহ কামমেবং বিধীয়তাম্ ॥১১॥

পিতর উচুঃ ।

বৃদ্ধো ভবান্ ব্রহ্মচারী যো নস্ত্রাতুমিহেচ্ছসি । ন তু বিপ্রাগ্র্য ! তপসা শক্যতে তত্ত্বপোহিতুম্ ॥১২॥

অস্তি নস্তাত ! তপসঃ ফলং বদতাং বর ! । সন্তানপ্রক্ষয়াদ্ব্রহ্মন্ ! পতামো নিরয়েঽশুচৌ ॥১৩॥

সন্তানং হি পরো ধর্ম্ম এবমাহ পিতামহঃ । লম্বতামিহ নস্তাত ! ন জ্ঞানং প্রতিভাতি বৈ ॥১৪॥

যেন ত্বাং নাভিজানীমো লোকে বিখ্যাতপৌরুষম্ । বৃদ্ধো ভবান্ মহাভাগো যো নঃ শোচ্যান্ সুদুঃখিতান্ ॥১৫॥

শোচতে চৈব কারুণ্যাচ্ছৃণু যে বৈ বয়ং দ্বিজ ! । যাযাবরা নাম বয়মৃষয়ঃ সংশিতব্রতাঃ ॥ ১৬ ॥

লোকাৎ পুণ্যাদিহ ভ্রষ্টাঃ সন্তানপ্রক্ষয়ান্মুনে ! । প্রনষ্টং নস্তপস্তীব্রং ন হি নস্তন্তুরস্তি বৈ ॥ ১৭॥

অস্তি ত্বেকোঽস্য নস্তন্তুঃ সোঽপি নাস্তি যথা তথা । মন্দভাগ্যোঽল্পভাগ্যানাং তপ একং সমাস্থিতঃ ॥১৮॥

জরৎকারুরিতি খ্যাতো বেদবেদাঙ্গপারগঃ । নিয়তাত্মা মহাত্মা চ সুব্রতঃ সুমহাতপাঃ ॥১৯ ॥

---

অসিদা তাখিন্থনা থোইনা অৱাবা তারগদবা নখোযবু উরগা ঐগী পুকনিংদা অৱাবা অমা পোক্লে, মযামগীদমক ঐনা ঙম্বা বরি তৌজো হায়বগে? ॥৯॥ ঐনা তৌজরম্লিবা তপস্যাগী শরুক মরিগী শরুক অমনা ওইরবস্নু নত্রগা শবক অহুমগী অমনা ওইরবস্নু, নত্রগা ওংখাই অমনমকস্নু মরামর্দু অৱ বা অসিদগী কোক্লনবা হোৎনজগে, থুনা হায়বিয়ু ॥১০॥

নত্রবস্নু ঐগী থোথোৎপা তপস্যা অসিগী ফলনা ওইরবস্নু ময়াম পুম্বগী অৱাবা কোকপা ওইসস্নু, মযাম্না নীংতম্না শিজিন্নবিয়ু" ॥১১॥ মপা-মপু (প্রেত) না হায়ঃ— ঐখোয়বু কনগে খল্লিবা! নহাক্তি অহল ওইরবা ব্রহ্মচারীনি। অদুবু হে ব্রাহ্মণ অথোইবা! "ঐখোয়গী অৱাবসিদি নংগী তপস্যানা কোকপা ঙম্মোই ॥১২॥ ৱা ঙাংবা হৈরবা! ঐখোযগী তপস্যাগীসু ফল য়াম্না লৈ। অদুবু ঐখোয়গী বংশ মুৎখিবদগী মোৎলবা ফত্রবা নরক অসিদা তাগদৌরিবনি॥১৩॥ শাগৈ মরী তত্তনবা হোৎনবনা অথোইবা ধর্ম্মনি হায়না ব্রহ্মামক্না হায়রম্মি। মরম অদুনা হাইদুনা য়াম্দুনা লৈরিবা ঐখোয় করি তৌগদগে হায়বদু ভাব করিমতা তাদ্রে ॥১৪॥ মরম অদুনা ঐখোযনা জগৎতা ফাওরবা থৌনানা নংগী ওইরবস্নু নংবু মশক খংদে। ঐখোয় য়াম্না ৱারে। অদুনা অৱাবা ফীবমদা লৈরিবসিনি। পুকচেল চাওরবা অহল ওইরবা নংনা ঐখোয়বু চানবিদুনা ঐখোয়গী অৱাবা ফোংদোকপিরি। তাও, ব্রাহ্মণ! ঐখোয় ব্রত কল্লবা যাযাবর হায়না খংনবা ঋষিশিং অদুনি ॥১৫—১৬॥

হে মুনি! শাগৈ মুৎখিবদগী ঐখোই অসি পুণ্য লোকতগী নাম্থরকতুনা ফত্রবা মযম অসিদা তারক্লবনি। ঐখোইনা তৌজরকপা তপস্যা পুম্বগী ফলস্নু মৈত্রে, কাম্রদ্রে। মরমদি ঐখোইগী কনাগুম্বা অৱাবসি কোক্লহনবা সন্তান (হিচা-হিগু) অমতা লৈহৌদ্রে ॥১৭॥ হৌজিকস্নু ঐখোইগী মরি অমতংদদি লৈহৌরি হায়বদু মহাকস্নু অদু মঙাই লাইবক ফত্রবা ঐখোইগী লৈহৌরিবা মরাইবক থিরবা মহাকস্নু তপস্যা তৌদনতা মরৈরে ॥১৮॥ বেদ বেদাঙ্গ লোইনা হৈরবা জরৎকারুসুম হায়না কাওরবা, নিয়ম

তেন স্ম তপসো লোভাৎ কৃচ্ছ্রমাপাদিতা বয়ম্। ন তস্য ভার্য্যা পুত্রো বা বান্ধবো বাস্তি কশ্চন ॥২০॥
তস্মাল্লম্বামহে গর্ত্তে নষ্টসংজ্ঞা হ্যনাথবৎ। স বক্তব্যস্ত্বয়া দৃষ্টো হ্যস্মাকং নাথবত্তয়া ॥২১॥
পিতরস্তেঽবলম্বন্তে গর্ত্তে দীনা অধোমুখাঃ। সাধু দারান্ কুরুষ্বেতি প্রজামুৎপাদয়েতি চ ॥২২॥
কুলতন্তুর্হি নঃ শিষ্টঃ স এবৈকস্তপোধন!। যং তু পশ্যসি নো ব্রহ্মন্! বীরণস্তম্বমাশ্রয়ম্ ॥২৩॥
এষোঽস্মাকং কুলস্তম্ব আস্তে স্বকুলবর্দ্ধনঃ। যানি পশ্যসি বৈ ব্রহ্মন্! মূলানীহাস্য বীরুধঃ ॥২৪॥
এতে নস্তন্তবস্তাত! কালেন পরিভক্ষিতাঃ। যত্ত্বেতৎ পশ্যসি ব্রহ্মন্! মূলমস্যার্দ্ধভক্ষিতম্ ॥২৫॥
যত্র লম্বামহে গর্ত্তে সোঽপ্যেকস্তপ আস্থিতঃ। যমাখুং পশ্যসি ব্রহ্মন্! কাল এব মহাবলঃ ॥২৬॥
স তং তপোরতং মন্দং শনৈঃ ক্ষপয়তে তুদন্। জরৎকারুং তপোলুব্ধং মন্দাত্মানমচেতসম্ ॥২৭॥
নহি নস্তত্তপস্তস্য তারয়িষ্যতি সত্তম!। ছিন্নমূলান্ পরিভ্রষ্টান্ কালোপহতচেতসঃ ॥২৮॥
অধঃ প্রবিষ্টান্ পশ্যাস্মান্ যথা দুষ্কৃতিনস্তথা। অস্মাসু পতিতেষত্র সহ সর্ব্বৈঃ সবান্ধবৈঃ ॥২৯॥
ছিন্নঃ কালেন সোঽপ্যত্র গন্তা বৈ নরকং ততঃ। তপো বাপ্যথবা যজ্ঞো যচ্চান্যৎ পাবনং মহৎ ॥৩০॥
তৎ সর্ব্বং ন সমং তাত! সন্তত্যেতি সতাং মতম্। স তাত! দৃষ্ট্বা ব্রূয়াস্তং জরৎকারুং তপোধনম্ ॥৩১॥
যথা দৃষ্টমিদঞ্চাত্র ত্বয়াখ্যেয়মশেষতঃ। যথা দারান্ প্রকুর্য্যাৎ স পুত্রানুৎপাদয়েদ্‌যথা ॥৩২॥

---

নাইরবা, ইন্দ্রিয় খুত্নুম চল্লবা, পুকচেল চাওরবা, ব্রত কল্লবা অমদি তপস্যা কল্লবা মহাক্কি। অহুম ওইবা জরৎকারু হায়বত্নুনা তপস্যাদা লোভী ওইখিবদগী ঐখোইনা অৱাবা ফংলিবনি। মহাক্কী মুপী লৈতে, মচা লৈতে, শাগৈ নাতৈ কনা অমতা লৈতে ।২০। মরম অদুনা জ্ঞান তাদনা চংজফম লৈত্রবগুম ঐখোয়না কোম অসিদা য়ান্দুনা লৈরিবনি। মাগা উনরবদি নংনা মঙোন্দা খরা হায়বিয়ু কালগী মখা পোললবা ঐখোইগী দশা অসি, তম্বিয়ু ।২১। "নংগী নপানপুদি লানবা ওমদহুনা তোললবা মওংদা মকোক মমৈ ওন্নহুনা কোমদা য়ান্দুনা লৈরে অদুনা বিবাহ তৌদুনা নচা নশু পোক্কবা তৌ" হায়না তম্বিয় ॥২২॥ ঐখোয়গী বংশগী তন্ত্রিবা মরী হায়ববু মহাক অমতা মওয়রে; হে তপস্বী! হৌজিক ঐখোয়গী আশ্রয় ওইদুনা লৈরিবা উরী মশা অসি উবিরেদনা...... ॥২৩॥ মাসিনা ঐখোয়গী শাগৈগী মঙ ওইনা লৈরি, মাসিমতনা ঐখোযগী বংশগী চাওখৎনফম ওইদুনা লৈরি। উরী অসিগী মরা খর তারিবসিস্থু হে ব্রাহ্মণ! নং উরেদো ॥২৪॥ মরাশিং অসিস্থু নোংম নোংমগী মতম কৌবা লাইনা চিকথৎতুনা লোইরক্লে। অমতং লৈরিবসিস্থু তংখাই অমা য়োনা চিকথৎলিবসি উরেদনা ॥২৫॥ কোম অসিগী মথক্তা ঐখোয়না য়াল্লিবা অমতা ভায়রবা উরী মথোক অসিমকস্থু উচী অমনা অস্থম চিকথৎলক্লিবসি ব্রাহ্মণ! উরেদনা মতম হায়বসে কনখ্রবনি ॥২৬॥ কালনা উচীগী মশক লৌদুনা তপ্না ২ তপস্যাদা পুক্লিং চংলবা তপস্যাদা মীহৌরবা জ্ঞান তাদ্রবা, পংলবা জরৎকারুবু নোংম নোংমগী চিকথৎতুনা মাংহললকই ॥ ২৭ ॥ পাপ চেল্লবা, তংখাই অম কোমদা পুথরবা, ঐখোয়বু য়েংবিয়ু। শাগৈ নাতৈ পুম্নমগা লোয়ননা ঐখোয়না হেক তাখিবদা, মহাকস্থু লোইনা চিকথৎখ্রদুনা মতম খরগী মতুংদা নরককী কোম অসিদা তারগদবনি। তপ ওইগে ওইসন্ন যজ্ঞ তৌগে তৌসনু নত্রগা করিগুম্বা অপেংবা অচৌবা কর্ম্ম অমা তৌগে তৌসনু পুমনমক অদো মচা অমা পোকপগা মান্নবা নত্তে হায়না সাধু মহাত্মাশিংনা হায়নরিবত্থু শঙাই। মরম অদুনা হে ব্রাহ্মণ! তপস্যা তৌরম্ভনা মরল ওইরবা জরৎকারুদো উনরবদি অস্থম হায়না তম্বিয়ু ॥ ২৯-৩১ ॥ অসিদা ঙসি ব্রাহ্মণনা উবিরিবসে মাসিদা লোয়না

তথা ত্বয়া বাচ্যঃ সোঽস্মাকং নাথবত্তয়া । বান্ধবানাং হি তস্যেহ যথা চাস্মৎকুলং তথা ॥৩৩॥

কথং বন্ধুমিবাস্মাকমনুশোচসি সত্তম ! । শ্রোতুমিচ্ছাম সর্ব্বেষাং কো ভবানিহ তিষ্ঠতি ॥৩৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

আস্তীকে জরৎকারুপিতৃদর্শনং নাম চত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

—•✱✱•—

---

মডোন্দা ভম্বিয়ু। জরৎকারুনা বিবাহ তৌত্নুনা মচা মশু পোক্লবদো মাত্নুভ শিনবিরকউ। মতমনা মথং মথং লৌশিনখিহ্নুনা মহাকতনা ঐখোযগী বান্ধব ওইহুর্নী অমদি চংজফম ওইনা লৈরি। কমাগুম্ব অমনা মশামক্কী শাগৈদা হাযজবা অহ্নুগুম্মা নংনা হে ব্রাহ্মণ। মডোন্দা য়াবমথৈ হায়বিগদৌবনি ॥৩২-৩৩ হে পুকচেল চাওরবা। ঐখোয়গী বান্ধব অমগী মতৌগুমনা ঐখোয়গীদমক ম্বাবিরিবা নংনা কনানো? কোম মনাক অসিদ' হৌজিক ফাওবা লেপ্তুনা লৈরিবা নং কনানো? করিগীনো? লোৎনা তাজনিংই ॥৪॥

মাসিনা শ্লোক লিশিং চামনা, থললবা শ্রীব্যাসনা লেংবা মহাভারতকী অহানবা পর্বগী "আস্তীকে জরৎকারু পিতৃদর্শন" কৌবা নিফুগুবা অধ্যায লোইরে ॥

—:✱:—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব—আস্তীকে বাসুকিজরৎকারুসমাগমঃ

( নিফুমাথোইশুবা অধ্যায় )

——(*'——

সৌতিরুবাচ ।

এতচ্ছ্রুত্বা জরৎকারুর্ভৃশং শোকপরায়ণঃ । উবাচ তান্ পিতৄন্ দুঃখাৎ বাষ্পসন্দিগ্ধয়া গিরা ।।১।।

জরৎকারুরুবাচ ।

মম পূর্ব্বে ভবন্তো বৈ পিতরঃ সপিতামহাঃ । তদ্ব্রূত যন্ময়া কার্য্যং ভবতাং প্রিয়কাম্যয়া ।২।।

অহমেব জরৎকারুঃ কিল্বিষী ভবতাং সুতঃ । তে দণ্ডং ধারয়ত মে দুষ্কৃতেরকৃতাত্মনঃ ।।৩।।

পিতর উচুঃ।

পুত্র ! দিষ্ট্যাসি সংপ্রাপ্ত ইমং দেশং যদৃচ্ছয়া । কিমর্থঞ্চ ত্বয়া ব্রহ্মন্ ! ন কৃতো দারসংগ্রহঃ ।।৪।।

জরৎকারুরুবাচ ।

মমায়ং পিতরো নিত্যং হৃদ্যর্থঃ পরিবর্ত্ততে । ঊর্দ্ধরেতাঃ শরীরং বৈ প্রাপয়েয়মমুত্র বৈ ।।৫।।

ন দারান্ বৈ করিষ্যেঽহমিতি মে ভাবিতং মনঃ । এবং দৃষ্ট্বা তু ভবতঃ শকুন্তানিব লম্বতঃ ।

ময়া নিবর্ত্তিতা বুদ্ধির্ব্রহ্মচর্য্যাৎ পিতামহাঃ ! ।।৬।।

করিষ্যে বঃ প্রিয়ং কামং নিবেক্ষ্যেঽহমসংশয়ম্ । সনাম্নীং যদ্যহং কন্যামুপলপ্স্যে কদাচন ।।৭।।

---

সৌতিনা হায়— প্রেত ওইখ্রবা মপা মপুশিংগী ৱা অসি তাবদা থোক্টদোকনা ৱারবা জরৎকারুনা হুংশি সুংঙোনবা অৱাবগা লোইননা পি তরং তরং চেন্দুনা ৱা অসি মপুধৌশিংদা হায়খি ।।১।। জরৎকারুনা হায়—"নখেয় পুমনমক ঐগী ইপা ইপুশিংমক্তনি । অহনা ঐনা ময়ামগী দমক্তা থবক তৌগদবা হায়বিয়ু তৌজগে" ।।২।।

ময়ামগী শাগেদা পোকলরবা পাপ চেল্লবা জরৎকাক হায়বদু ঐমকনি। ঐদি করিম্ব খংজত্রবা পাপ চেল্লবনি, ঐগী মতিকচাবা দণ্ড ময়াম্না পিবিয়ু," ।।৩।। প্রিতৃর্কানা হায় ঃ—"এঃ ইবুংঙো । সুংঙাইরেদা ঐথোইগী লাইবক ফবনা নশামক নথোং থোংনা মফম অসি তাম্না লাকলে। হায়য়ু ইবুংঙো, করিগীদমক নংনা বিবাহ তৌত্রিবনো ?" ।।৪।। জরৎকাকনা হায় ঃ—"ইন্দ্রি থুদুম চন্দুনা, ঊর্দ্ধরেতা ব্রহ্মচারী ওইদুনা কংলবা হকচাং অসি পরলোক য়োহনগে হায়বসি ঐগী কুইরবা আশানি ।।৫।। ঐ করিগীম্বা মতমদা বিবাহ তৌরোই হায়বসি ঐগী লেংত্রবা ৱাশক ওইরম্মি অদুবু ওসি উচেক্কী মতৌগুম উরিদা য়াম্দুনা লৈরিবা ময়াম্বু উবদা ঐনা ব্রহ্মচারী ওইবগী ৱাখল থাদোকচরে ।।৬।। ঐ শোইদনা ময়ামগী নিংবা থুংনবা তৌজগনি ; ঐগী মিংগা মান্নবী কনাগুম্বী কন্যা অমবু ফংলবদি ঐ শোইদনা বিবাহ তৌজগনি ।।৭।।

ভবিষ্যতি চ যা কাচিদ্ভৈক্ষ্যবৎ স্বয়মুদ্যতা। প্রতিগ্রহীতা তামস্মি ভরেয়ঞ্চ যামহম্ ॥৮॥
এবংবিধমহং কুর্য্যাং নিবেশং প্রাপ্নুয়াং যদি। অন্যথা ন করিষ্যেঽহং সত্যমেতৎ পিতামহাঃ! ॥৯॥
অত্র চোৎপৎস্যতে জন্তুর্ভবতাং তারণায় বৈ। শাশ্বতাশ্চাব্যয়াশ্চৈব তিষ্ঠন্তু পিতরো মম ॥১০॥

সৌতিরুবাচ।

এবমুক্ত্বা তু স পিতৄংশ্চচার পৃথিবীং মুনিঃ। ন চ স্ম লভতে ভার্য্যাং বৃদ্ধোঽয়মিতি শৌনক! ॥১১॥
যদা নির্বেদমাপন্নঃ পিতৃভিশ্চোদিতস্তথা। তদারণ্যং স গত্বোচ্চৈশ্চুক্রোশ ভৃশদুঃখিতঃ ॥১২॥
স ত্বরণ্যগতঃ প্রাজ্ঞঃ পিতৄণাং হিতকাম্যয়া। উবাচ কন্যাং যাচামি তিস্রো বাচঃ শনৈরিমাঃ ॥১৩॥
যানি ভূতানি সন্তীহ স্থাবরাণি চরাণি চ। অন্তর্হিতানি বা যানি তানি শৃণ্বন্তু মে বচঃ ॥১৪॥
উগ্রে তপসি বর্ত্তন্তং পিতরশ্চোদয়ন্তি মাম্। নিবিশস্বেতি দুঃখার্ত্তাঃ সন্তানস্য চিকীর্ষয়া ॥১৫॥
নিবেশায়াখিলাং ভূমিং কন্যাভৈক্ষ্যং চরামি ভোঃ!। দরিদ্রো দুঃখশীলশ্চ পিতৃভিঃ সন্নিযোজিতঃ ॥১৬॥
যস্য কন্যাস্তি ভূতস্য যে ময়েহ প্রকীর্ত্তিতাঃ। তে মে কন্যাং প্রযচ্ছন্তু চরতঃ সর্ব্বতো দিশম্ ॥১৭॥
মমকন্যা সনাম্নী যা ভৈক্ষ্যবচ্চোদ্যতা ভবেৎ। ভরেয়ঞ্চৈব যাং নাহং তাং মে কন্যাং প্রযচ্ছত ॥১৮॥

---

ভিক্ষাগী পোৎকুম মশানা লাকচদুনা মশামক ঐঙোন্দা কথোকচরকপী মাবু ঐনা থাক্লোইদবী কনাগুম্বী অমা ফংলবদি মাবু বিবাহ তৌদুনা লোগে ॥৮॥ অসিগুম্বা বিবাহ অসি তৌদুনা ঐ গৃহস্থ ধর্ম্মদা চংজগনি। নত্রবদি ঐ করিগুম্বদা বিবাহ তৌজরোই। পিতৃলোক পুম্বা তাবিয়ু, মসি শোইফত্রবনি ॥৯॥ কন্যা অতুদগী পোকপা মচানা মরম ওইবদুনা ময়ামগী অরানবা ওইগনি। মাতুদগী অমুক লৈখা তাবা হায়বদু ওইদনা মতম চুপ্পা ঐগী ইপা ইপুশিংনা স্বর্গদা লংঙাইনা লৈবিবা ওইযু ॥১০॥

শ্রীসৌতিনা হায — জরৎকারু মুনিনা মপা মপুশিংদা অস্তুম হায়রমলগা পৃথিবীগী মফম পুম্বদা কোযবা হৌরকলে। অদুবু হে শৌনক! অহল ওইরবনি হায়দুনা কনাগুম্বীনা মাগী ভার্য্যা ওইযু হায়বা য়াখিদ্রে। কনাগুম্বী অমতসু মানা ফংখিদ্রে ॥ ১১ ॥ পিতৃলোকনা ইনশিন্নকপদগী মাসি থোক্লিবনিকো হায়বা খল্লুবদা জরৎকারু অহ থোইনা পুংঙাইরকত্রে। অদুদগী বন্দা চংলগা খোপ্পেল খাংনা লোইদোক্লা খানা লাওরকলে ॥ ১২ ॥ শিংলবা জরৎকারুনা পিতৃলোককী কান্নবগীদমক বন মনুংদা চংলগা "কন্যাং যাচামি" "(কন্যা অমতং নিজরি)" হায়বা খাহৈ অসি অহুম লক তপ্পা তপ্পা লাওবা হৌরকলে ॥ ১৩ ॥ বন অসিদা লৈরিবা অচৎচত্তা জীবপুম্বা অমদি থুপ্পুনা লৈরিবা, ফোংনা লৈরিবা পুম্বা ঐগী খা অসি লোইনা তাবিয়ু ॥ ১৪ ॥ কল্লবা তপস্যা তৌদুনা লৈরিবা ঐবু ঐগী পিতৃলোকনা গৃহস্থ আশ্রমদা চংদুনা সন্তানগীদমক্তা বিবাহ তৌ হায়না ইনশিল্লিয়ে ! ১৫ ॥ খান্নবা, লাইরবা ঐ অসি পিতৃলোকনা ইনশিল্লকপনা গৃহস্থাশ্রমদা চংগে হায়বগীদমক পৃথিবীগী মফম পুম্বদা কোয়চৎ চত্তুনা কন্যা অমত্তং ভিক্ষা তৌজরিয়ে ॥ ১৬ ॥ ঐনা হায়খিব্রা মীশকশিং অসিগী মনুংদা কনাগুম্বগী কন্যা লৈবা য়াওরবদি ঐঙোন্দা পীয়ু; অদুনা ঐনা মাইকৈ মরিদা কোয়না চৎলি ॥ ১৭ ॥ ঐগী মিংগা মান্নবী, ভিক্ষাগী পোৎকুম ঐঙোন্দা মশানা য়ানা লাকচবী

ততস্তে পন্নগা যে বৈ জরৎকারৌ সমাহিতাঃ। তামাদায় প্রবৃত্তিং তে বাসুকেঃ প্রত্যবেদয়ন্ ॥১৯॥

তেষাং শ্রুত্বা স নাগেন্দ্রস্তাং কন্যাং সমলঙ্কৃতাম্। প্রগৃহ্যারণ্যমগমৎ সমীপং তস্য পন্নগঃ ॥২০॥

তত্র তাং ভৈক্ষ্যবৎ কন্যাং প্রাদাত্তস্মৈ মহাত্মনে। নাগেন্দ্রো বাসুকির্ব্রহ্মন্! ন স তাং প্রত্যগৃহ্নত ॥২১॥

অসনামেতি বৈ মত্বা ভরণে চাবিচারিতে। মোক্ষভাবে স্থিতশ্চাপি মন্দীভূতঃ পরিগ্রহে ॥২২॥

ততো নাম স কন্যায়াঃ পপ্রচ্ছ ভৃগুনন্দন!। বাসুকিং ভরণঞ্চাস্যা ন কুর্য্যামিত্যুবাচ হ ॥২৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

আস্তীকে বাসুকিজরৎকারুসমাগমো নামৈকচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

——:(*):——

অদুগা মাবু ঐনা থক থাদোক্লোইদবী কন্যা অমতং ঐগোন্দা পীয়ু ॥ ১৮ ॥ অদুগী মতুংদা জরৎকারুবু থিরিবা লিলশিং অদুনা পাও অসি বাসুকিগী মফমদা তম্মুরে ॥ ১৯ ॥ মথোয়গী বা তাবদা লিল নিংথৌ বাসুকিনা নিংথিনা লৈতেংলবী কন্যাবু পুদুনা বন্দা লাক্লে, জরৎকারুগী মনাক য়ৌরে ॥ ২০ ॥ হে শৌনক! মফম অদুদা ভিক্ষা হায়গুম কন্যা অদুবু পুকচেল চাওরবা জরৎ-কারুদা লিল নিংথৌ বাসুকিনা কৎলি, অদুবু মিং মান্নমক্লোই অদুগা মাগী য়োকথাকপগী মরমদা মফম খংদে হায়দুনা পিতৃলোককী মুক্তিগীদমক্তা বাশক চেৎলবা জরৎকারুনা কন্যা অদুবু স্বীকার তৌবদা মপুক্লিং হল্লে ॥ ২১-২২ ॥ হে ভৃগুনন্দন! (হে শৌনক) অদুদগীদি জরৎকারুনা বাসুকিগী মফমদা কন্যাদুগী মিং হংলকলে অমসুং ঐনা কন্যাসিবু থাকলোইদবনি হায়না হায়রকই ॥২৩॥

মসিদা শ্লোক চামনা, থল্লবা শ্রীব্যাসনা লেংবা মহাভারতকী অহানবা পর্ব্বগী

আস্তীককী বাসুকি জরৎকারু সমাগমঃ কৌবা নিফুমাথোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

——০:❀:০——

# শ্রীমহাভারতম্।

## আদি পর্ব্ব— আস্তীকে জরৎকারু নির্গমঃ

( শিমুনিথোই শুবা অধ্যায়ঃ )

——:(*):——

সৌতিরুবাচ।

বাসুকিস্ত্বব্রবীদ্বাক্যং জরৎকারুমৃষিং তদা। সনাম্নী তব কন্যেয়ং স্বসা মে তপসান্বিতা ॥১॥

ভরিষ্যামি চ তে ভার্য্যাং প্রতীচ্ছেমাং দ্বিজোত্তম। রক্ষণঞ্চ করিষ্যেঽস্যাঃ সর্ব্বশক্ত্যা তপোধন ! ।

ত্বদর্থং রক্ষ্যতে চৈষা ময়া মুনিবরোত্তম ! ॥২॥

জরৎকারুরুবাচ।

ন ভরিষ্যেঽহমেতাং বৈ এষ মে সময়ঃ কৃতঃ। অপ্রিয়ঞ্চ ন কর্ত্তব্যং কৃতে চৈনাং ত্যজাম্যহম্ ॥৩॥

সৌতিরুবাচ।

প্রতিশ্রুতে তু নাগেন ভরিষ্যে ভগিনীমিতি। জরৎকারুস্তদা বেশ্ম ভুজগস্য জগাম হ ॥৪॥

তত্রমন্ত্রবিদাং শ্রেষ্ঠস্তপোবৃদ্ধো মহাব্রতঃ। জগ্রাহ পাণিং ধর্ম্মাত্মা বিধিমন্ত্রপুরস্কৃতম্ ॥৫॥

ততো বাসগৃহং রম্যং পন্নগেন্দ্রস্য সম্মতম্। জগাম ভার্য্যামাদায় স্তূয়মানো মহর্ষিভিঃ ॥৬॥

শয়নং তত্র সংকৢপ্তং স্পর্দ্ধ্যাস্তরণসংবৃতম্। তত্র ভার্য্যাসহায়ো বৈ জরৎকারুরুবাসহ ॥৭॥

---

শ্রীসৌতিনা হায়— বাসুকিনা ব্রা অসি জরৎকারুদা হায়খি হে মুনি। কন্যা অসে নংগী মিং মান্নবনি, তপস্যা তৌরিবী ঐগী ইচল মুপীনি ॥১॥ হে ব্রাহ্মণ। নংগী ভার্য্যাসে ঐনা য়োকচগনি, কন্যা অসি লৌবিয়ু। ত্বদমথৈ মাবু ঐনা ভাককনি; হে মুনি অথোইবা! নংগীদমক্তা ঐনা মাবু অমুক কুইবসি য়োক্লকলিবনি ॥২॥

জরৎকারুনা হায় ঐগী নিয়ম অসিনি হে বাসুকি। ঐ কন্যাসিবু থাক্রোইদবনি, ঐনা য়াদবা নানা থক তৌবা য়ারোই, তৌবা থোক্লবদি খুদক্তা ঐ মাবু থাদোকনি ॥৩॥ বাসুকিনা ইচনবু ঐ পোয়নবা য়োকথাকনি হায়না য়াশক্লবদা জরৎকারুনা লিল নিংথৌগী ময়ুম তাম্না চৎখি। ॥৪॥ মন্ত্র খংবশিংগী অথোইবা, ব্রতকানবা, তপস্যাদনা অহল ওইরবা অমদি ধর্ম্মচেনবা জরৎকারুনা বিধি কায়দনা মন্ত্র পাঠনচিংবা তৌদুনা কন্যা অদুবু বিবাহ তৌদুনা লৌখি ॥৫॥ লিল নিংথৌনা য়ারবা, নিংথিজবা য়াওংশংদা ভার্য্যাদুবু পুদুনা জরৎকারু চৎখি। মহর্ষিশিংনা বেদগাননা অনিমকপু স্তুতি তৌখি ॥৬॥ য়াওংশং অদুদা নিংথিজরবা তৌরবা কমুং অমা থারি। মাদুদা জরৎকারুনা ভার্য্যাগা

স তত্র সময়ং চক্রে ভার্য্যয়া সহ সত্তমঃ। বিপ্রিয়ং মে ন কর্ত্তব্যং ন চ বাচ্যং কদাচন ॥৮॥
ত্যজেয়ং বিপ্রিয়ে চ ত্বাং কৃতে বাসঞ্চ তে গৃহে। এতদ্গৃহাণ বচনং ময়া যৎ সমুদীরিতম্ ॥ ৯ ॥
ততঃ পরমসংবিগ্না স্বসা নাগপতেস্তদা। অতিদুঃখান্বিতা বাক্যং তমুবাচৈবমস্ত্বিতি ॥১০॥
তথৈব সা চ ভর্ত্তারং দুঃখশীলমুপাচরৎ। উপায়ৈঃ শ্বেতকাকীয়ৈঃ প্রিয়কামা যশস্বিনী ॥ ১১ ॥
ঋতুকালে ততঃ স্নাতা কদাচিদ্বাসুকেঃ স্বসা। ভর্ত্তারং বৈ যথান্যায়মুপতস্থে মহামুনিম্ ॥ ১২ ॥
তত্র তস্যাঃ সমভবদ্গর্ভো জ্বলনসন্নিভঃ। অতীবতেজসা যুক্তো বৈশ্বানরসমদ্যুতিঃ ॥১৩॥
শুক্লপক্ষে যথা সোমো ব্যবর্দ্ধত তথৈব সঃ। ততঃ কতিপয়াহঃসু জরৎকারুর্মহাযশাঃ ॥১৪॥
উৎসঙ্গেঽস্যাঃ শিরঃ কৃত্বা সুষ্বাপ পরিখিন্নবৎ। তস্মিংস্তু সুপ্তে বিপ্রেন্দ্রে সবিতাস্তমিয়াদ্গিরিম্ ॥ ১৫ ॥
অহ্নঃ পরিক্ষয়ে ব্রহ্মন্! ততঃ সাচিন্তয়ত্তদা। বাসুকের্ভগিনী ভীতা ধর্ম্মলোপান্মনস্বিনী ॥১৬॥
কিন্নু মে সুকৃতং ভূয়াদ্ভর্ত্তুরুত্থাপনং ন বা। দুঃখশীলো হি ধর্ম্মাত্মা কথং নাস্যাপরাধ্নুয়াম্ ॥ ১৭ ॥
কোপো বা ধর্ম্মশীলস্য ধর্ম্মলোপোঽথবা পুনঃ। ধর্ম্মলোপো গরীয়ান্ বৈ স্যাদিত্যত্রাকরোন্মতিম্ ॥১৮॥
উত্থাপয়িষ্যে যদ্যেনং ধ্রুবং কোপং করিষ্যতি। ধর্ম্মলোপো ভবেদস্য সন্ধ্যাতিক্রমণে ধ্রুবম্ ॥১৯॥

---

লোইননা নুংঙাইনা লৈখি ॥৭॥ সাধু অথোইবা জরৎকারুনা ভার্য্যাগা লোয়নননা অসুম হায়না নিযম অমা তৌখি। ঐনা য়াদবা, ঐঙোন্দা অকাযবা ওইবা অমতা নংনা তৌবা অমদি হাযবা য়ারোই ॥৮॥ ঐনা য়াদবা, ঐঙোন্দা অকাযবা নংনা হেক তৌবা সুমিত্তা ঐনা নংবু অহুগা নংগী নয়ুংশুসু থাদোক্কনি। ঐনা হাযরিবা ৱাসে নং য়াও ॥৯॥ লিল নিংথৌগী লাংতক্কৱবী ৱারবী মচন নুপী অদুনা থোইদোক্না অৱাবা নুংঙাইতবগা লোযননা 'মাদুমক য়াজরে' হায়না মপুরোইবদা হায়খি ॥১০॥ বর্ষা ঋতুদা উরোক অমোমনা লাবগী সেবাসু হেক য়াবা উপায়না তৌবা অদুগুম কন্যা অদুনা ৱাগল্লবা মপুরোইবগী সেবা কায়দনা তৌখি ॥১১॥ ঋতু কাল লাকলবদা মাদুগী হৌনবী স্নান তৌরবদা নোংমা বাসুকিগী মচন নুপীনা মহামুনি ওইরবা মপুরোইববু বিধি নিয়ম কাযদনা সেবা তৌখি ॥১২॥ মতমগী মতুংইন্না কন্যা অদু গর্ভ পুথি, গর্ভ অদু ব্রহ্মতেজগী মতৌগুম ইলংলংনা চাকই। মৈগী মঙালগুম গর্ভ অদু ওন্থোকপা তেজনা তিল্লি ॥১৩॥ শুক্লপক্ষগী থাগী মতৌগুম থমিৎ থুদিং মথং মথং গর্ভ অদু হেনগৎলকই। অদুদগী থমিৎ কয়ানি হৌখ্রবদ। নোংমা মিংচৎ চাওরবা জরৎকারুনা ভার্য্যাগী তম্পাক্তা মোন থাংহনা য়াম্না চোকথবগী মতৌগুম তুমখি। ব্রাহ্মণ অহনা অসুম তুমখিবদুদা নুমিৎসু অস্তাচলদা তাখ্রে ॥১৪ ১৫॥ নুমিৎনা তাখ্রবদুদা হে ব্রাহ্মণ! (হে ৱারী তাৱিবা শৌনক) ৱাখল তারবী বাসুকিগী মচন সতী অদুনা সন্ধ্যা তর্পন তৌবগী মতম হেন্থখ্রবদুদা ধর্ম্ম কায়গনি কিবগী চিন্তা তৌরকলে ॥১৬॥ হৌজিক ঐনা তৌগদবসি করিনো? ইপুরোইবসু হৌদোকজিন্না, হৌদোক-হনসিরা? অৱাবা থাংবতনা মশিঙ্গাং ওইরবা ধর্ম্ম চেন্নবা ইপুরোইবসিগী মফমদা অপরাধ লৌজবা চুমদে ॥১৭॥ ধর্ম্মাত্মা ওইরবসিগী অশাওবা নত্রগা ধর্ম্মগী নিয়ম কায়বা অনিসিগী মরুপ্ত অমদি ওই-গদৌরি, অদুবু অশাওবদগী ধর্ম্ম কায়বনা হেন্না লুই, কন্নি অসুম হায়না মাগী ৱাখলদা লেপখ্রে ॥১৮॥
ঐনা ইপুরোইবসু হৌদোক্রবদি শোয়দনা শাওগদৌরি অদুগা হৌদোক্তে, সন্ধ্যা তর্পন তৌবগী

ইতি নিশ্চিত্য মনসা জরৎকারুর্ভুজঙ্গমা । তমৃষিং দীপ্ততপসং শয়ানমনলোপমম্ ।।২০।।
উবাচেদং বচঃ শ্লক্ষ্ণং ততো মধুরভাষিণী । উত্তিষ্ঠ ত্বং মহাভাগ ! সূর্য্যোঽস্তমুপগচ্ছতি ।।২১।।
সন্ধ্যামুপাস্স্ব ভগবন্ ! অপঃ স্পৃষ্ট্বা যতব্রতঃ । প্রাদুষ্কৃতাগ্নিহোত্রোঽয়ং মুহূর্ত্তো রম্যদারুণঃ ।।২২।।
সন্ধ্যা প্রবর্ত্ততে চেয়ং পশ্চিমায়াং দিশি প্রভো ! । এবমুক্তঃ স ভগবান্ জরৎকারুর্মহাতপাঃ ।।২৩।।
ভার্য্যাং প্রস্ফুরমাণৌষ্ঠ ইদং বচনমব্রবীৎ । অবমানঃ প্রযুক্তোঽয়ং ত্বয়া মম ভুজঙ্গমে ! ।।২৪।।
সমীপে তে ন বৎস্যামি গমিষ্যামি যথাগতম্ । শক্তিরস্তি ন বামোরু ! ময়ি সুপ্তে বিভাবসোঃ ।।২৫ ।।
অস্তং গন্তুং যথাকালমিতি মে হৃদি বর্ত্ততে । ন চাপ্যবমতস্যেহ বাসো রোচেত কস্যচিৎ ।।২৬।।
কিং পুনর্ধর্ম্মশীলস্য মম বা মদ্বিধস্য বা । এবমুক্তা জরৎকারুর্ভর্ত্রা হৃদয়কম্পনম্ ।।২৭।।
অব্রবীদ্ভগিনী তত্র বাসুকেঃ সন্নিবেশনে । নাবমানাৎ কৃতবতী তবাহং বিপ্র ! বোধনম্ ।। ২৮ ।।
ধর্ম্মলোপো ন তে বিপ্র ! স্যাদিত্যেতন্ময়া কৃতম্ । উবাচ ভার্য্যামিত্যুক্তো জরৎকারুর্মহাতপাঃ ।।২৯।।
ঋষিঃ কোপসমাবিষ্টস্ত্যক্তুকামো ভুজঙ্গমাম্ । ন মে বাগনৃতং প্রাহ গমিষ্যেঽহং ভুজঙ্গমে ! ।।৩০ ।।
সময়ো হ্যেষ মে পূর্ব্বং ত্বয়া সহ মিথঃ কৃতঃ । সুখমস্ম্যুষিতো ভদ্রে ! ব্রূয়াস্ত্বং ভ্রাতরং শুভে ! ।।৩১ ।।

---

মতম হৌখিবনা ধর্ম্ম নিযমগী মাংবসু শোযদ্রবনি ।।১৯।। অস্তুম হাযনা পুক্নিংদা লেপলতুনা মৈগী মতোংগুম ব্রহ্মতেজনা ঙাল্লিবা মতম্পাক্ত তুমহনা লৈবিবা মপুরোইবা ঋষি অদুবু, মখোঙ্গেল সুংশিববী জরৎ-কাক কৌবী লিল সুপীতুনা থোংন নৌরবা ব্রাহৈনা অসি হাযনা হৌদোকখি "পুকচেল চাওববা ইবুঙো ! হৌগৎলোগবা —সুমিৎ মযুম চংখ্রে ।" ।।২০—২১।। খোং-খুৎ শেংদোক্তুনা ব্রত চেৎনা সন্ধ্যা উপাসনা তৌবিবো ইবুঙো ! অগ্নিহোত্র যজ্ঞ তৌবগী মতম য়ৌরক্রে, ( ঋষিশিংনা অগ্নিহোত্র তৌবা হৌরক্রে । ) মতম অসে. থোইনা নিংথিজবা অমদি অকিবগী মশক ফংবনি ।।২২।। (সন্ধ্যাগী দৃশ্যনা ফজবা ওই, মমশিল্লকপনা শা, কৈ, হুরান চিঙ্খিবগী অকিবা মতমনি হাযবনি) ।। নোংচুপ থংবা মাইকৈদা সন্ধ্যা দেবী চংশিনখ্রে । অস্তুম হায়না হৌদোরক্রবা কালদা তপ কল্লবা ঋষি জবৎকাকনা শাওবনা চিনবান তনিক তনিক্না ভার্য্যাগী মফমদা ব্রা অসি হায়খি :— "লিল নিংঙোল ! ঙসি নংনা ঐঙোন্দা থৌওই উশিত্তবা মতৌ অসি উৎলবা ! ।।২৩—২৪।। নিংথিবী ! নংগী ননাক্তা লৈররোই, মফম অসিদা লাক-পগুম অমদা চৎখ্রনি । ঐগুম্বনা তুম্লিভৈদা সুমিৎনা তাবগী শক্তি লৈতে ।।২৫।। ঐনা তুম্লিভৈদা সুমিৎনা হায়গুম তাবা মতমদা তাবা য়াবোই হায়না ঐনা খংঙি । থৌওইবিদ্রবা অমনা অসিদা করম লৈনিংগনি ? কনানসু লৈনিংফম থোকতে ।।২৬।। ঐগুম্বা ধর্ম্মগী নিযম কায়দ্রবা অমনদি কদায়দগী অসিগুম্বা মফমদা লৈনিংগনি ।" মপুরোইবনা অস্তুম থীনা হাযরবী বাসুকিগী মচন জরৎকাকগী থম্মোই তনিক তনিকই, মপুরোইবদা কিনা কিনা হায়জখি— "থৌওই উশিত্তহনা হৌদোকচখিবা নত্তে হে ব্রাহ্মণ ! ।।২৭-২৮।। হে ব্রাহ্মণ ! হে স্বামী ! ধর্ম্মগী নিয়ম কায়খিগনি হায়হনা হৌদোকচবনি ।"অস্তুম হাযরবদা তপস্যা কল্লবা, অশাওবনা থল্লবা, লিল নিঙোলতুবু থাদোক্কে থল্লবা ঋষি জরৎকাকনা ভার্য্যাদা অস্তুম হায়খি —"ঐনা হায়খ্রবদি শোয়বা থক য়ারোই, ঐ চৎলগে লিল সুপী !" ।।২৯—৩০।। মমাংদৈদা নংগা ঐগা য়ানহনা নিয়ম অদি লেপখিবনি । ঐসু সুভাইনা নথোয়গী য়িমদা লৈরক্রে । অদুনা চৎলো·

ইতো ময়ি গতে ভীরু ! গতঃ স ভগবানিতি । ত্বঞ্চাপি ময়ি নিষ্ক্রান্তে ন শোকং কর্ত্তুমর্হসি ॥৩২॥
ইত্যুক্তা সাঽনবদ্যাঙ্গী প্রত্যুবাচ মুনিং তদা । জরৎকারুং জরৎকারুশ্চিন্তাশোকপরায়ণা ॥৩৩॥
বাষ্পগদ্গদয়া বাচা মুখেন পরিশুষ্যতা । কৃতাঞ্জলির্বরারোহা পর্য্যশ্রুনয়না ততঃ ॥৩৪॥
ধৈর্য্যমালম্ব্য বামোরুর্হৃদয়েন প্রবেপতা । ন মামর্হসি ধর্ম্মজ্ঞ ! পরিত্যক্তুমনাগসম্ ॥৩৫॥
ধর্ম্মে স্থিতাং স্থিতো ধর্ম্মে সদা প্রিয়হিতে রতাম্ । প্রদানে কারণং যচ্চ মম তুভ্যং দ্বিজোত্তম ! ॥৩৬॥
তদলব্ধবতীং মন্দাং কিং মাং বক্ষ্যতি বাসুকিঃ । মাতৃশাপাভিভূতানাং জ্ঞাতীনাং মম সত্তম ! ॥৩৭॥
অপত্যমীপ্সিতং ত্বত্তশ্চ তাবন্ন দৃশ্যতে । ত্বত্তো হ্যপত্যলাভেন জ্ঞাতীনাং মে শিবং ভবেৎ ॥৩৮॥
সম্প্রয়োগো ভবেন্নায়ং মম মোঘস্ত্বয়া দ্বিজ ! । জ্ঞাতীনাং হিতমিচ্ছন্তী ভগবংস্ত্বাং প্রসাদয়ে ॥৩৯॥
ইমমব্যক্তরূপং মে গর্ভমাধায় সত্তম ! । কথং ত্যক্ত্বা মহাত্মা সন্ গন্তুমিচ্ছস্যনাগসম্ ॥৪০॥
এবমুক্তস্তু স মুনির্ভার্য্যাং বচনমব্রবীৎ । যদ্যুক্তমনুরূপঞ্চ জরৎকারুং তপোধনঃ ॥৪১॥
অস্ত্যয়ং সুভগে ! গর্ভস্তব বৈশ্বানরোপমঃ । ঋষিঃ পরমধর্ম্মাত্মা বেদবেদাঙ্গপারগঃ ॥৪২॥

---

ইবেম্মা ! নবুংদা ঝা অসি খংহল্লু ॥৩১॥ মিপাইগল্লবী ! ঐনা অসিদগী চৎখ্রবদা, মাদি (ইপুরোইবদি) চৎখ্রে, হায়না নবুং বাসুকিদা তম্মু । অদুগা নংসু ঐনা চৎখ্রবদা থোইনা ঋাকগনু ।" ॥৩২॥ অসুম্না হায়বিরবী, অৱাৎপা লৈতনা ফজরবী জরৎকারু কৌবী অদুনা থোইদোক্না অৱাবা অমদি চিন্তাদা লুপখি । মপী তবং তরং চেল্লি, ঋাহৈ মচেৎ মচেৎনা, চিনবান খ্রক খ্রক কংদুনা মমিত্তুগী মপী শিল্লুহনা, মথুৎ লোয়ে ; ফজরবী অদুনা তহা তহাদনা, নিংদোন্দি পীং পীং চোংহনা মপুরোইবা জরৎকারুদা হায়খি ঃ— "হে ধর্ম্ম খংলবা ! ইবাল লৈজরবী ঐবু থাদোকপীগনু ।" ॥৩৩-৩৫॥

হে ব্রাহ্মণ অথোইবা ! নঙোন্দা ঐবু দান তৌজবগী মরম অমদি মাহগী মহৈ ফংজরিবী নংনা চানবিনবা অমদি কান্নবতদা পুক্নিং চংজরবী, ধর্ম্মগী নিয়মদা লৈজরিবী ঐবু ধর্ম্মদা লৈরিবা নংনা থাদোকপীরবদা, লাইবক থিববী ঐবু ইবুং বাসুকিনা করি হায়গনি ? হে সাধু অথোইবা ! ইমাগী শাপ ফংহনা লৈখা তারবা জ্ঞাতিশিংনা নংগী থাবাদগী ইচা অমতং ফংনিংশিবদো অদুসু হৌজিক ফাওবা মশক উদ্রি । নংগী থারাদগী ইচা ফংজরগা জ্ঞাতি মাতৃলোকশিং অমগী মঙ্গল ওইগদৌরিবনি ॥ ৩৬-৩৮ ॥ নংগা তিন্নজরুরিবসিগী মহৈ অরেম্বদা থক মাংলোই, মাতু খংঙ্গে । অমবু লৈখা তারবা জ্ঞাতিশিং অদুগী কান্নবতা খল্লদুনা, হে ভগবান্ ! নংগী নফমদা প্রার্থনা তৌজরি-বসিনি ॥ ৩৯ ॥ করি ওইরক্কদগে হাযবস্ম খংদ্রবা গর্ভ অসিমু পুরিবী, ঐবু ইরাল লৈজদ্রবী ঐবু মহাত্মা ওইরবা নংনা থাদোকপিরমলগা করম চৎথিগদৌরিবনো ? ॥ ৪০ ॥ অসুম হায়জরবদা তপ কল্লবা মুনি অদুনা, মতিক চারবা, যুক্তি চারবা ঋাহৈ খর জরৎকারু কৌবী ভার্য্যাদা হায়খি ॥৪১॥ লাইবক ফবী ! মৈগী তেজগা মান্নবা গর্ভ অমা নঙোন্দা (অস্তি) লৈরে । বেদ-বেদাঙ্গ লোইনা মৈরবা ধর্ম্ম চেনবা ঋষি অমা নংনা গর্ভ পুরি । ॥ ৪২ ॥ অসি হায়রগা ধর্ম্মাত্মা ওইরবা ঋষি

এবমুক্ত্বা স ধর্ম্মাত্মা জরৎকারুর্ম্মহানৃষিঃ। উগ্রায় তপসে ভূয়ো জগাম কৃতনিশ্চয়ঃ ॥৪৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

আস্তীকে জরৎকারুনির্গমো নাম দ্বিচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

——০:(*):০——

অথোইবদো অমুক হয়া কল্লবা তপস্যা তৌরুবগে হায়না পুক্লিংদা লেপ্লদুনা চৎখ্রে ॥৪৩॥

মসিদা শ্লোক লিশিং চামম্না, থক্লবা শ্রীব্যাসনা লেংবা মহাভারতকী অহানবা পর্ব্বগী

আস্তীককী জরৎকারুপিতৃদর্শন কৌবা নিকুনিথোই শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

——:(*):——

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব — আস্তীক আস্তীকোৎপত্তিঃ

(নিফুল্হুমদোই শুবা অধ্যায়)

—(*)—

সৌতিরুবাচ।

গতমাত্রন্তু ভর্ত্তারং জরৎকারুরবেদয়ৎ। ভ্রাতুঃ সকাশমাগত্য যাথাতথ্যং তপোধন! ॥১॥

ততঃ স ভুজগশ্রেষ্ঠঃ শ্রুত্বা সুমহদপ্রিয়ম্। উবাচ ভগিনীং দীনাং তদা দীনতরঃ স্বয়ম্ ॥২॥

বাসুকিরুবাচ।

জানাসি ভদ্রে! যৎ কার্য্যং প্রদানে কারণঞ্চ যৎ। পন্নগানাং হিতার্থায় পুত্রস্তে স্যাত্ততো যদি ॥৩॥

স সর্পসত্রাৎ কিল নো মোক্ষয়িষ্যতি বীর্য্যবান্। এবং পিতামহঃ পূর্ব্বমুক্তবাংস্তু সুরৈঃ সহ ॥৪॥

অপ্যস্তি গর্ভঃ সুভগে! তস্মাত্তে মুনিসত্তমাৎ। ন চেচ্ছামাফলং তস্য দারকর্ম্ম মনীষিণঃ ॥৫॥

কামঞ্চ মম ন ন্যায্যং প্রষ্টুং ত্বাং কার্য্যমীদৃশম্। কিন্তু কার্য্যগরীয়স্ত্বাত্ততস্ত্বাহমচূচুদম্ ॥৬॥

দুর্ব্বার্য্যতাং বিদিত্বাচ ভর্ত্তুস্তেঽতিতপস্বিনঃ। নৈনমন্বাগমিষ্যামি কদাচিদ্ধি শপেৎ স মাম্ ॥৭॥

আচক্ষ্ব ভদ্রে! ভর্ত্তুস্ত্বং সর্ব্বমেব বিচেষ্টিতম্। উদ্ধরস্ব চ শল্যং ঘোরং হৃদি চিরস্থিতম্ ॥৮॥

---

মপুরোইবা চংখ্রবদা সতী ওইরবী জরৎকারুনা মবুং বাসুকিগী মফমদা চত্তুনা থোকখিৎরবা পুম্বা ইচুম চুমনা তম্মুরে। অদুগী মতুংদা লিল অথোইবা বাসুকিনা থোইদোকনা সুংঙাইত্রবা ম্বা অত্তু ভাবদা মশামক থোইনা ম্বানা তোল্লবী ম্বারবী মচন জরৎকারুদা হায়রকই ॥১-২॥ ইবেম্মা ঐথোইনা নংবু জরৎকারু মুনিদা পিবগী মরম নংনা খংলিবত্তু মঙাই, লিল পুম্নমক্কী কান্নবগীদমক করিগুম্বা নচা অসি পোক্লবদি মহাক্না থোইনা কান্নবা অমা ওইত্তুনা ঐথোই লিল পুম্নমকপু লিলগী যজ্ঞগী (জনমেজয়না তৌগদৌরিবা) কনগদৌরিবনি, অসুম হায়না ব্রহ্মানা লাইয়াম খিবিক্কী মফমদা হায়খি ॥৩-৪॥ অথোইবা মুনি অদুগী মচাবু নংনা সোইদনব পুরবরা? লাইবকফবী। জ্ঞানী ওইরবা মীগা লোয়ননা তৌরুবা বিবাহ গী মহৈ থক অরেম্বদা মাংলোই হায়না ঐনা খল্লি ॥৫॥ অসিগুম্বা ম্বাবু ঐনা নংঙোন্দা হংবা থক চুমদে হৌনদবনি. অদুবু থবকনা লুমনখিবনা ঐনা ম্বা অসি নঙোন্দা হংবনি ॥৬॥ তপ কললবা মপুরোইবদো থক খিংঙবা য়ায়রোই, মাসি খংই ঐ ম্বাবু থক খিক্লরোই। খিক্লরবদি শোইরদনা ঐঙোন্দা শাপ তৌরকপা য়াই ॥৭॥

জরৎকারুস্ততো বাক্যমিত্যুক্তা প্রত্যভাষত। আশ্বাসয়ন্তী সন্তপ্তং বাসুকিং পন্নগেশ্বরম্ ॥৯॥

জরৎকারুরুবাচ।

পৃষ্টো ময়াপত্যহেতোঃ স মহাত্মা মহাতপাঃ। অস্তীত্যুক্তবমুদ্দিশ্য মমেদং গতবাংশ্চ সঃ ॥১০॥

স্বৈরেষ্বপি ন তেনাহং স্মরামি বিতথং বচঃ। উক্তপূর্ব্বং কুতো রাজন্! সাম্পরায়ে স বক্ষ্যতি ॥১১॥

ন সন্তাপস্ত্বয়া কার্য্যঃ কার্য্যং প্রতি ভুজঙ্গমে!। উৎপৎস্যতি চ তে পুত্রো জ্বলনার্কসমপ্রভঃ ॥১২॥

ইত্যুক্ত্বা স হি মাং ভ্রাতঃ! গতো ভর্ত্তা তপোধনঃ। তস্মাদ্ব্যেতু পরং দুঃখং তবেদং মনসি স্থিতম্ ॥১৩॥

সৌতিরুবাচ।

এতচ্ছ্রুত্বা স নাগেন্দ্রো বাসুকিঃ পরয়া মুদা। এবমস্ত্বিতি তদ্বাক্যং ভগিন্যাঃ প্রত্যগৃহ্ণত ॥১৪॥

সান্ত্বমানার্থদানৈশ্চ পূজয়া চানুরূপয়া। সোদর্য্যাং পূজয়ামাস স্বসারং পন্নগোত্তমঃ ॥১৫॥

ততঃ প্রববৃধে গর্ভো মহাতেজা মহাপ্রভঃ। যথা সোমো দ্বিজশ্রেষ্ঠ! শুক্লপক্ষোদিতো দিবি ॥১৬॥

অথ কালে তু সা ব্রহ্মন্! প্রজজ্ঞে ভুজগস্বসা। কুমারং দেবগর্ভাভং পিতৃমাতৃভয়াপহম্ ॥১৭॥

ববৃধে স তু তত্রৈব নাগরাজনিবেশনে। বেদাংশ্চাধিজগে সাঙ্গান্ ভার্গবচ্যবনাত্মজাৎ ॥১৮॥

চীর্ণব্রতো বাল এব বুদ্ধিসত্ত্বগুণান্বিতঃ। নাম চাস্যাভবৎ খ্যাতং লোকেষ্বাস্তীক ইত্যুত ॥১৯॥

---

হাযযু ইবেম্মা! নপুরোইবনা হায়রম্বা অমদি তৌরম্বা পুম্বা। মতম কুইনা থম্মোয়দা তাশোলগুম লৈরবা অব্রাবা অকিবা অসিদগী ঐবু কল্লু ॥৮॥ ব্বারবা অমদি লিল নিংথৌ ওইরবা মঙ্গং বাসুকিবু নিংথিবা ব্বাহৈনা থেমজিন্দুনা মচনমুপী জরৎকারুনা হায়খি ॥৯॥ তপ কল্লবা, পুকচেল চাওরবা মুনি অদুগী মফমদা ঐনা ইচাগী মরমদা হংজবদা "অস্তি" (লৈ) অস্থুম হায়রম্নগা মহাক চৎখি। ॥১০॥ ঐনা মাগা লৈমিন্নরকপা অম্নক কুইরবদা অসিগুম্বা মুমিত্তা মানা মীনম্বা ব্বাসিমতং ভাংখি হায়বসি নিংশিংবা ভমদে। অদুনা, য়াম্বুং মহারাজ! অদুগুম্বা মানা অব্রাবা মতমসিদা কদায়দগী মীনম্বা ব্বা ভাংলমগদগে? ॥১১॥ হে লিলগী শাগৈদা পোক্লবী! নং খক ব্বাগনু, চাক্লবা মুমিৎকী তেজগা মান্নরবা নংগী মচানিপা অমা শোয়দনা পোক্কনি" ॥১২॥ অস্থুম হায়রম্নগা ইপুরোইবা তপস্বী অদো ঐবু থাদোক্তুনা চৎখি। মরম অদুনা পুকনিংদা লৈরিবা অব্রাবা অস্তদি খক তৌবিরুরগনু ॥১৩॥ ব্বা অসি তাবদা লিল নিংথৌ বাসুকিনা থোইনা হরাওবগা লোইননা মচন মুপীগী ব্বা অম্নমক অচুম্বা ওইরসু হায়রগা মচননা হায়বা ব্বা অস্ত লৌখি ॥১৪॥ লিল অথোইবা বাসুকিনা নিংথিজরবা ব্বাহৈনা, লুনা তৌবিবনা অমদি মানা পাম্বমথৈ দান তৌদুনা মচন মুপী জরৎকারুবু পুশিন্দুনা য়োকখি ॥১৫॥ তেজ লৈরবা, মঙাল চাওরবা গর্ভ অদো হে শৌনক! অতিয়াদা থানা শুক্লপাক্কদা নোংমে নোংমগী চাওখৎলকপ-গুম চাওখৎলক্লে ॥১৬॥ অদুদগী, মতমগী মতুংইন্না হে শৌনক! লিল নিংথৌগী মচন মুপী অদুনা মমা মপাগী অব্রাবা কোকপিবা, লাইগী মচাগুম্বা মচা অমা পোকলে ॥১৭॥ কুমার অদো লিল নিংথৌগী য়ুমদা চাওখি। ভৃগুবংশগী অথোইবা চ্যবন ঋষিগী মকমদা অঙ্গগা লোয়ননা বেদপুম্বা তমখি. হৈখি ॥১৮॥ অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা, ব্রত ঙাক্লবা, বুদ্ধি জ্ঞাননা চংথোক্লবা অঙাং অদুগী "আস্তীক"

অস্তীত্যুক্ত্বা গতো যস্মাৎ পিতা গর্ভস্থমেব তম্। বনং তস্মাদিদং তস্য নামাস্তীকেতি বিশ্রুতম্ ॥২০॥

স বাল এব তত্রস্থশ্চরন্নমিতবুদ্ধিমান্। গৃহে পন্নগরাজস্য প্রযত্নাৎ পরিরক্ষিতঃ ॥২১॥

ভগবানিব দেবেশঃ শূলপাণির্হিরণ্ময়ঃ। বিবর্দ্ধমানঃ সর্বাংস্তান্ পন্নগানভ্যহর্ষয়ৎ ॥২২॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

আস্তীকে আস্তীকোৎপত্তির্নাম ত্রিচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

—•(৯)•—

---

হায়বা মিং অসি জগত্তা অফাওবা অমা ওইখি ॥১৯॥ মপানা চৎলমল্লাইদা মচানা গর্ভদা লৈরিঙৈদা "অস্তি" হায়বা য়া অসি হায়রকগা বোনদা চৎখি হায়বগীদমক অঙাং অসিগী মমিং 'আস্তীক' অমুম হায়না খংনখ্রে ॥২০॥ লিল নিংথৌগী য়ুমদা লৈদুনা চাংদম্লিংঙাই লৈতবা বুদ্ধিনা ত্তিল্লবা অঙাং অছু য়াম্না চেকশিন্না য়োকখি ॥২১॥ ত্রিশূলধারী ভগবান মহাদেবনা তৌবগুম নোংম নোংমগী চাওখৎ-লক্লবা আস্তীকনা লিল পুমনমক সুংঙাইহনখি ॥২২॥

মসিদা শ্লোক লিশিং চামনা, থল্লবা শ্রীব্যাসনা লেংবা মহাভারতকী অহানবা পর্ব্বগী

আস্তীককী আস্তীকোৎপত্তিঃ কৌবা নিফুহুমদোই শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

—:০:—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব—পারীক্ষিতীয়ম্

(নিফুমরি শুবা অধ্যায়)



শৌনক উবাচ

যৎপৃষ্টবস্তদা রাজা মন্ত্রিণো জনমেজয়ঃ। পিতুঃ স্বর্গগতিং তস্মৈ বিস্তরেণ পুনর্বদ ॥১॥

সৌতিরুবাচ।

শৃণু ব্রহ্মন্! যথাপৃচ্ছন্মন্ত্রিণো নৃপতিস্তদা। যথা চাখ্যাতবন্তস্তে নিধনং তৎ পরীক্ষিতঃ ॥২॥

জনমেজয় উবাচ।

জানন্তি স্ম ভবন্তস্তদ্‌যথা বৃত্তঃ পিতুর্মম। আসীদ্‌যথা স নিধনং গতঃ কালে মহাযশাঃ ॥৩॥

শ্রুত্বা ভবৎসকাশাদ্ধি পিতুর্বৃত্তমশেষতঃ। কল্যাণং প্রতিপৎস্যামি বিপরীতং ন জাতুচিৎ ॥৪॥

সৌতিরুবাচ।

মন্ত্রিণোঽথাব্রুবন্ বাক্যং পৃষ্টাস্তেন মহাত্মনা। সর্বে ধর্ম্মবিদ প্রাজ্ঞা রাজানং জনমেজয়ম্ ॥৫॥

মন্ত্রিণ উচুঃ।

শৃণু পার্থিব! যথা যে পিতুস্তব মহাত্মনঃ। চরিতং পার্থিবেন্দ্রস্য যথা নিষ্ঠাং গতশ্চ সঃ ॥৬॥

ধর্ম্মাত্মা চ মহাত্মা চ প্রজাপালঃ পিতা তব। আসীদিহ যথা বৃত্তঃ স মহাত্মা শৃণুষ্ব তৎ ॥ ৭ ॥

---

শৌনকনা হায়— জনমেজয় নিংথৌনা মাগী মন্ত্রীশিংদা মপা শিখিবগী মরম হংখিবহ অমুক হন্না শুগাইনা লিবিয়ু ॥ ১ ॥ সৌতিনা হায়— তাবিয়ু ব্রাহ্মণ। নিংথৌনা মাগী মন্ত্রীশিংদা হংবদা মন্ত্রীশিংনা পরীক্ষিৎ নিংথৌগী শিখিবগী মরম অমদি থৌদোক পুন্নমক লিখি ॥ ২ ॥ জনমেজয়না হায়— ঐগী ইপাগী মরমদা থোকখিবা থৌদোক পুম্বা ময়াম্না মুন্না খংবিরিবনি। মিংচৎ চাওরবা ইপানা শিখিবগী মরমসু ময়াম্না লোইনা খংবিরিবনি ॥ ৩ ॥ নখোয়গী নফমদগী ইপাগী মরমদা থোকখিবা থৌদোক পুম্বা তাজরগা সুম তৌরগা মঙ্গল ওইগনি হায়বত্তুদা তৌজগনি, করিগুম্বদা মাঙ্গগী ওঅ তৈনবা থক তৌজরোই ॥৪॥ সৌতিনা হায়— মহাত্মা ওইরবা জনমেজয়গী মফমদা হায়খি ॥ ৫ ॥ মন্ত্রীশিংনা হায়— মহারাজ! পুকচেল চাওরবা নপাকুং মহারাজগী চরিত পুম্বা অদুগা করমনা মৃত্যু ওইখিবা অদি পুম্বা তাবিয়ু ॥ ৬ ॥ নপাকুং মহারাজদো, ধর্ম্ম চেনবা, পুকচেল চাওরবা, প্রজাদু য়োকপা নিংথৌ অমা ওইখি, পুকচেল চাওরবত্তুগী মরমদা থোকখিবা থৌদোক

চাতুর্বর্ণ্যং স্বধর্মস্থং স কৃত্বা পর্য্যরক্ষত। ধর্মতো ধর্মবিদ্রাজা ধর্মো বিগ্রহবানিব ॥৮॥
ররক্ষ পৃথিবীং দেবীং শ্রীমানতুলবিক্রমঃ। তেনোরক্ষত সৈতাসন্ ন চ দ্বেষ্টি ন কঞ্চন ॥৯॥
সমঃ সর্বেষু ভূতেষু প্রজাপতিরিবাভবৎ। ব্রাহ্মণাঃ ক্ষত্রিয়া বৈশ্যাঃ শূদ্রাশ্চৈব স্বকর্মসু ॥১০॥
স্থিতাঃ সুমনসো রাজন্! তেন রাজ্ঞা স্বধিষ্ঠিতাঃ। বিধবানাথবিকলান্ কৃপণাংশ্চ বভার সঃ ॥১১॥
সুদর্শঃ সর্বভূতানামাসীৎ সোম ইবাপরঃ। তুষ্টপুষ্টজনঃ শ্রীমান্ সত্যবাক্ দৃঢ়বিক্রমঃ ॥১২॥
ধনুর্বেদে তু শিষ্যোঽভূন্নৃপঃ শারদ্বতস্য সঃ। গোবিন্দস্য প্রিয়শ্চাসীৎ পিতা তে জনমেজয়! ॥১৩॥
লোকস্য চৈব সর্বস্য প্রিয় আসীন্মহাযশাঃ। পরিক্ষীণেষু কুরুষু সোত্তরায়ামজীজনৎ ॥১৪॥
পরীক্ষিদভবত্তেন সৌভদ্রস্যাত্মজো বলী। রাজধর্মার্থকুশলো যুক্তঃ সর্বগুণৈর্বৃতঃ ॥১৫॥
জিতেন্দ্রিয়শ্চাত্মবাংশ্চ মেধাবী ধর্মসেবিতা। ষড়্‌বর্গজিন্মহাবুদ্ধির্নীতিশাস্ত্রবিদুত্তমঃ ॥১৬॥
প্রজা ইমাস্তব পিতা ষষ্টিবর্ষাণ্যপালয়ৎ। ততো দিষ্টান্তমাপন্নঃ সর্বেষাং দুঃখমাবহন্ ॥১৭॥
ততস্ত্বং পুরুষশ্রেষ্ঠ! ধর্মেণ প্রতিপেদিবান্। ইদং বর্ষসহস্রাণি রাজ্যং কুরুকুলাগতম্।
বাল এবাভিষিক্তস্ত্বং সর্বভূতানুপালকঃ ॥১৮॥

---

পুম্বা তাবিয়ু ॥৭॥ ধর্ম্মমক্কী মশক ওইরবা, ধর্ম্ম খংলবা নিংথৌদুনা প্রজা পুম্ববু মাগী মাগী ধর্ম্মদা চংহন্দুনা হাঁয়রবদি ব্রাহ্মণ ক্ষত্রি বৈশ্য শূদ্রগী হৌনবী ধর্ম্মদা থমহনা ধর্ম্মনা মরম ওইরহনা প্রজাশিংবু পালন তৌরম্মি ॥৮॥ লক্ষ্মীনা তিল্লবা, চাংদমনিংঙাই লৈতবা মথোনানা মাগী ওইবা নিংথৌহনা পৃথিবী দেবীবু ঙাকখি হায়রবদি মতাক্কী মহিষীগুম ঙাকখি। মাবু কল্লকপা য়েংথিবা কনাম্ম লৈরমদে, মানা কনাবুসু য়েংথিরমদে ॥৯॥ প্রজাপতি ব্রহ্মাগী মতৌগুম জীব পুমনমক চপ মান্নবা লৈরম্মি। ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্য অমদি শূদ্র পুম্বা মাগী মাগী মথৌদা মথম্বাই হরাওনা পুকনিং চংখি। নিংথৌ অদুনা মথোয়বু নিংখিনা মাগী মাগী মওংদা চপ চানা থনম্মি। লুখ্রাবী চংজক্কম লৈত্রবা, মথোং মথুং শোয়বা, লাইরবী, অরিকপা কাঙবা য়োকলম্মি ॥১০-১১॥ অনিগুবা থাগী মতৌগুম নিংথিজৈ, প্রজা শিংনা মীপুম খুদিং পেনজরম্মি মহারাজ! নপাবুং অদো সম্পত্তি লৈরবা, অচুম্বা ভাংবা অমদি মপাঙ্গল চাওরবা নিংথৌ ওইরম্মি ॥১২॥ মহারাজ! নপাবুংদো ধনুর্বেদদা কৃপাচার্য্যগী শিষ্যনি। শ্রীগোবিন্দগীসু অচানবা অমা ওইরম্মি ॥১৩॥

মিংচৎ চাওরবা নিংথৌদো মী পুম্নমক্না নুংশিরম্মি। কুরু শাগৈনা মুৎশিল্লরব্দা উত্তরাগী গর্ভদা পোকখিবা নপাবুংনি ॥১৪॥ মপাঙ্গল কল্লবা অভিমন্যুগী মচা পরীক্ষিৎ সুম হায়না কাওরবা মপাঙ্গল কল্লবা নিংথৌনি। গুণ পুম্নমক তিল্লবা নিংথৌগী ধর্ম্মদা অমদি মথৌদা হৈশিংলবা নিংথৌনি ॥১৫॥ ইন্দ্রিয় পুম্নমক চংবা, শিংলবা, ধর্ম্মগী সেবক, কামক্রোধনচিংবা য়েক্লবা তরুকপু জয়বা, থোইনা লুঙ্গি লৈরবা অমদি রাজনীতি থোইনা খংলবা নিংথৌ ওইরম্মি ॥১৬॥ প্রজাশিং অসিবু নপাবুংনা চহি হুমফু চুপা পালন তৌরম্মি। অদুগী মতুংদা মী পুম্নমকপু অবাবদা থাদরম্লগা নোংদম্বগী মথা পোন্দুনা লোংগাখি ॥১৭॥ চহী লিশিং অমা চুপা কুরু বংশগী নিংথৌশিংনা লৈপাক অসি ওয়াক্রিরক্লি। অদুগা

জনমেজয় উবাচ।

নাস্মিন্ কুলে জাতু বভূব রাজা যো ন প্রজানাং প্রিয়কৃৎ প্রিয়শ্চ।
বিশেষতঃ প্রেক্ষ্য পিতামহানাং বৃত্তং মহদ্বৃত্তপরায়ণানাম্ ॥১৯॥
কথং নিধনমাপন্নঃ পিতা মম তথাবিধঃ। আচক্ষ্বং যথাবন্মে শ্রোতুমিচ্ছামি তত্ত্বতঃ ॥২০॥

সৌতিরুবাচ।

এবং সঞ্চোদিতা রাজ্ঞা মন্ত্রিণস্তে নরাধিপম্। ঊচুঃ সর্ব্বে যথাবৃত্তং রাজ্ঞঃ প্রিয়হিতৈষিণঃ ॥২১॥

মন্ত্রিণ ঊচুঃ।

স রাজা পৃথিবীপালঃ সর্ব্বশস্ত্রভৃতাং বরঃ। বভূব মৃগয়াশীলস্তব রাজন্! পিতা সদা ॥২২॥
যথা পাণ্ডুর্মহাবাহুর্ধনুর্দ্ধরবরো যুধি। অস্মাস্বাসজ্য সর্ব্বাণি রাজকার্য্যাণ্যশেষতঃ ॥২৩॥
স কদাচিদ্বনগতো মৃগং বিব্যাধ পত্রিণা। বিদ্ধা চান্বসরত্তূর্ণং তং মৃগং গহনে বনে ॥২৪॥
পদাতির্ব্বদ্ধনিস্ত্রিংশস্ততায়ুধকলাপবান্। ন চাসসাদ গহনে মৃগং নষ্টং পিতা তব ॥২৫॥
পরিশ্রান্তো বয়স্থশ্চ ষষ্টিবর্ষো জরান্বিতঃ। ক্ষুধিতঃ স মহারণ্যে দদর্শ মুনিসত্তমম্ ॥২৬॥
তং পপ্রচ্ছ রাজেন্দ্রো মুনিং মৌনব্রতে স্থিতম্। ন চ কিঞ্চিদুবাচৈনং পৃষ্টোঽপি স মুনিস্তদা ॥২৭॥
ততো রাজা ক্ষুচ্ছ্রমার্ত্তস্তং স্থাণুবৎ স্থিতম্। মৌনব্রতধরং শান্তং সদ্যো মন্যুবশং গতঃ ॥২৮॥

---

ওইনা অভিষেক তৌদুনা প্রজা পুম্বসি পালন তৌনবা নিংথৌ হাপখিবনি মহারাজবু ॥১৮॥ জনমেজয়না হায়ঃ—ঐখোয়গী কুক শাগে অসিদা প্রজাশিংনা মুংশিদবা, প্রজাশিংগী অফবদা তৌদবা নিংথৌ অমতম্ব পোকখিদে। অমুক হেন্না পাবুং মহারাজনা ইবুধৌশিং অহৃগী লমচৎ ব্যবহার মুন্না য়েংদুনা অহৃগী মতুংইন্না চত্তুনা প্রজাপুম্বগী মুংশিনফম ওইখিবনি ॥১৯॥ অদুগুম্বা পাবুং মহারাজনা করম্না মৃত্যু ওইখিবা। তম্বিয়ু মন্ত্রীপুম্বনা, থোকখিবা পুম্বা মথংশিংনা তাজনিংঙি ॥২০॥ সৌতিনা হায়ঃ—নিংথৌনা অসুম্না· হায়রবদা মন্ত্রিশিংনা নিংথৌগী মফমদা প্রজাশিংগী অফবতা থনখ্রবা পরীক্ষিৎ নিংথৌগী থোকখিৎরবা স্বারী থৌদোক পুম্বা তমখি ॥২১॥ খুৎলাই পায়বপুম্বগী অথোইবা ওইরবা পৃথিবীগী মপু নপাবুং মহারাজ অদো, মতম লৈবখিবিক্তা মৃগয়া চৎপা য়াম্না পাম্লম্মি ॥২২॥ লালফম্‌দা লিরুং পায়বগী অথোইবা ওইরবা, মপাঙ্গল কল্লবা পাণ্ডু মহারাজগী মতৌগুম নোংমা ঐখোয় পুম্বদা নিংথৌগী থবক পুম্বা শিন্নরমতুনা বোন্দা মৃগয়া লেংঙি। বোনগী মনুংদা তেন্না শজী অমা থারুরে। তেন্না পাল্লবা শজী অত্তু শুরুবা বোন অমদা চেনশিনখি, অতুদগী থুনা য়াংনা নপাবুং মহারাজ শজী অহৃগী মতুংইন্না তাম্লখি ॥২৩—২৪॥ মহারাজ! নপাবুং মহারাজদো বাহন অমতা য়াওদনা খোংনা লেংলিবনি, খ্যাংদা থাংশাং চেংনা পুম্নি, খুৎলাই অয়াম্বা লোয়নরিবনি। শজী অদো বনগী মনুংদা মাংখি, নপাবুংনা থিবা থংখিদ্রে ॥২৫॥ চহি হুম্ফু শুরবা অহল ওইরবা য়াম্না চোকথরবা অমদি অরাম থৌরাংবনা থল্লবা নপাবুংনা বোনগী মনুংদা অথোইবা মুনি অমা উরুরে ॥২৬॥ মৌনব্রত তৌইনা য়া ভাংদনা লৈরিবা মুনি অদুদা নিংথৌনা হংঙি অহবু হংলবা কাওবদা মুনি অদুনা করিমত্তা খুমখিদ্রে ॥২৭॥ লাম্লবা, স্বারবা নিংথৌনা হুং—উগী মতৌগুম তুমিন্না,

ন বুবোধ চ তং রাজা মৌনব্রতধরং মুনিম্ । স তং ক্রোধসমাবিষ্টো ধর্ষয়ামাস তে পিতা ।।২৯।।
মৃতং সর্পং ধনুষ্কোট্যা সমুৎক্ষিপ্য ধরাতলাৎ । তস্য শুদ্ধাত্মনঃ প্রাদাৎ স্কন্ধে ভরতসত্তম । ।।৩০।।
ন চোবাচ স মেধাবী তমথো সাধ্বসাধু বা । তস্থৌ তথৈব চাক্রুদ্ধঃ সর্পং স্কন্ধেন ধারয়ন্ ।।৩১।।
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্বণি
আস্তীকে পারীক্ষিতীয়ং নাম চতুশ্চত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ।।০।।

—:(*):—

তপাথনা ফমজুনা লৈরিবা মুনি অছবু উবদা খংহৌদনা অশাওবগী মথা পোনখে ।।২৮।। মৌনব্রত তৌজুনা লৈরিবা মুনিনি হায়বসি নিংথৌনা খংডুব্রে। অশাওবনা থনগ্রজুনা মহাকপু লংনরুরে ।।২৯।। লিরুং খোংজীনা লৈপাক্তা তারিবা লিল অশিবা অমা থাঙজত্তুনা মক্ত্রবা থম্মোইনসু মহাক্কী ওইরবা মুনিহুগী মরেংবান্দা লিল অছু থম্মুরে ।।৩০।। জ্ঞান লৈরবা মুনিজুনা মতম অছুপা নিংথৌপা অফবা ফত্তবা হ্রা অমতা হায়খিদে করিমতা শাওদনা হায়গী মতৌগুম লেংবান্দা লিল পুহনা মুনিহু অতুমক লৈহৌরে ।।৩১।।

মাসিদা শ্লোক লিশিং চামনা থল্লবা শ্রীব্যাসনা লেংবা মহাভারতকী অহানবা পর্বগী "আস্তীকে পারীক্ষিতীয়ম" কৌবা ৪৪ শুবা অধ্যায় লোইরে ।।

—:০:—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব—আস্তীকে পরীক্ষিন্মন্ত্রি সম্বাদঃ

( নিফুমগুা শুবা অধ্যায় )

——:*:——

মন্ত্রিণ ঊচুঃ ।

ততঃ স রাজা রাজেন্দ্র ! স্কন্ধে তস্য ভুজঙ্গমম্ । মুনেঃ ক্ষুৎক্ষাম আসজ্য স্বপুরং প্রযযৌ পুনঃ ॥১॥

ঋষেস্তস্য তু পুত্ত্রোঽভূত্ভূবি জাতো মহাযশাঃ । শৃঙ্গী নাম মহাতেজাস্তিগ্মবীর্য্যোঽতিকোপনঃ ॥২॥

ব্রহ্মাণং সমুপাগম্য মুনিঃ পূজাং চকার হ । সোঽভ্যনুজ্ঞাতস্ততস্তত্র শৃঙ্গী শুশ্রাব তং তদা ॥৩॥

সখ্যুঃ সকাশাৎ পিতরং পিত্রা তে ধর্ষিতং পুরা । মৃতং সর্পং সমাসক্তং স্থাণুভূতস্য তস্য তম্ ॥৪॥

বহন্তং রাজশার্দ্দূল ! স্কন্ধেনানপকারিণম্ । তপস্বিনমতীবাথ তং মুনিপ্রবরং নৃপ ! ॥৫॥

জিতেন্দ্রিয়ং বিশুদ্ধঞ্চ স্থিতং কর্ম্মণ্যথাদ্ভুতম্ । তপসা দ্যোতিতাত্মানং স্বেষঙ্গেষু যতং তদা ॥৬॥

শুভাচারং শুভকথং সুসংস্থিতং তমলোলুপম্ । অক্ষুদ্রমনসূয়ঞ্চ বৃদ্ধং মৌনব্রতে স্থিতম্ ।

শরণং সর্ব্বভূতানাং পিত্রা বিনিকৃতং তব ॥৭॥

---

মন্ত্রিশিংনা হায়ঃ—অত্তুদগী হে রাজেন্দ্র ! নিংথৌনা মুনিত্তুগী মরেংবান্দা লিল অত্থু হাপলমলগা অরাম খোৌরাংবগা লোয়ননা মাগী কোন্দুংদা চৎখি ॥১॥ ঋষি অত্তুগী শৃঙ্গী হায়না কৌবা মিংচৎ চাওরবা মচা অমা লৈরম্মি । মহাক অত্থু তেজ বীর্য্য য়ামনা কনবা অমসুং য়ামনা শাওগনবা ঋষি অমা ওইরম্মি ॥২॥ ঋষি শৃঙ্গীনা ব্রাহ্মণ আচার্য্য অমগী সেবা তৌতুনা‘সুম লৈরম্মী । নোংমা ব্রাহ্মণ গুরু অত্তুদগী য়াথং লৌহনা ময়ুম চৎখিবদা মরূপ অমগী মচিন্দগী বা অসি তাখি :—মহাকপু পোকপা শমীক হায়বা ঋষিদো হৌজিক অকীব বংনা তপস্যা তৌরি । মহাক্তি ইন্দ্রি থুহুম চয়বা, মপুকচেল মক্তুবা, ধ্যানদা লুপতুনা লৈরিবা তপস্যাগী তেজনা মশা পুম্বা পুমডাল ডাল্লিবা অঙকপা মুর্ত্তিনা মহাক্কী ওইবা, ইন্দ্রি পুম্বা লেংদনা থমলিবা, আচার ফজবা, ৱাডাং থুমলবা, অপাম্বা লৈতবা, পুকচেল চাওরবা কল্লকপা মিহোবা লৈত্রবা, তুমিন্নতা লৈজবা, জীব পুম্বগী অকবতা খল্লিবা, কনাগুম্বা অমগী মাংনমদা তৌত্রিবা যীনি । অদুবু নিংথৌ পরীক্ষিৎনা লিল অশিবা অমা মহাক্কী

শশাপাথ মহাতেজাঃ পিতরং তে রুষান্বিতঃ। ঋষেঃ পুত্রো মহাতেজা বালোঽপি স্থবিরদ্যুতিঃ ॥৮॥

স ক্ষিপ্রমুদকং স্পৃষ্ট্বা রোষাদিদমুবাচ হ। পিতরং তেঽভিসন্ধায় তেজসা প্রজ্বলন্নিব ॥৯॥

অনাগসি গুরৌ যো মে মৃতং সর্পমবাসৃজৎ। তং নাগস্তক্ষকঃ ক্রুদ্ধস্তেজসা প্রদহিষ্যতি ॥ ১০ ॥

আশীবিষস্তিগ্মতেজা মদ্বাক্যবলচোদিতঃ। সপ্তরাত্রাদিতঃ পাপং পশ্য মে তপসো বলম্ ॥ ১১ ॥

ইত্যুক্ত্বা প্রযযৌ তত্র পিতা যত্রাস্য সোঽভবৎ। দৃষ্ট্বা চ পিতরং তস্মৈ তং শাপং প্রত্যবেদয়ৎ ॥১২॥

স চাপি মুনিশার্দ্দূলঃ প্রেষয়ামাস তে পিতুঃ। শিষ্যং গৌরমুখং নাম শীলবন্তং গুণান্বিতম্ ॥১৩॥

আচখ্যৌ স চ বিশ্রান্তো রাজ্ঞঃ সর্ব্বমশেষতঃ। শপ্তোঽসি মম পুত্রেণ যত্তো ভব মহীপতে ॥ ॥১৪॥

তক্ষকত্বাং মহারাজ! তেজসাসৌ দহিষ্যতি। শ্রুত্বা চ তদ্বচো ঘোরং পিতা তে জনমেজয়! ॥১৫॥

যত্তোঽভবৎ পরিত্রস্তস্তক্ষকাৎ পন্নগোত্তমাৎ। ততস্তস্মিংস্তু দিবসে সপ্তমে সমুপস্থিতে ॥১৬॥

রাজ্ঞঃ সমীপে ব্রহ্মর্ষিঃ কাশ্যপো গন্তুমৈহত। তং দদর্শাথ নাগেন্দ্রস্তক্ষকঃ কাশ্যপং তদা ॥১৭॥

তমব্রবীৎ পন্নগেন্দ্রঃ কাশ্যপং ত্বরিতং দ্বিজম্। ক্ব ভবাংস্ত্বরিতো যাতি কিঞ্চ কার্য্যং চিকীর্ষতি ॥ ১৮ ॥

কাশ্যপ উবাচ।

যত্র রাজা কুরুশ্রেষ্ঠঃ পরীক্ষিন্নাম বৈ দ্বিজ! তক্ষকেণ ভুজঙ্গেন ধক্ষ্যতে কিল সোঽদ্য বৈ ॥১৯॥

---

• উৎকশমদা য়েৎশিন্দুনা থম্মি অহবু হৌজিক কাওবা পুত্রনা লৈরি ॥৩—৭॥ অঙাংমক ওইরবসু ঋষি শমীককী মচা তেজ কল্লবা, জ্ঞানগী লংলবা মঙাল পুরবা শৃঙ্গীনা অশাওবগা লোইননা, হে রাজন! নপাবুংবু শাপ তৌখ্রে ॥৮॥ অশাওবদগী খুদক অদুদা মহাক্কী মখুত্তা ইশিং লোহুনা তেজতনা মশাহু পুমচাক চাকপগুম নপাবুং তমনা হ্বা অসি হায়দুনা শাপ তৌখি ॥৯॥ অদুগুম্বা মী মহাক্কুনা মরাল লৈত্রবা ইপাগী মথক্তা অশিবা লিল থনখদো মহূ কল্লবা, তেজ কল্লবা শাওরবা তক্ষক কৌবা লিল্লা ঐগী হ্বাগী মথা পোন্দুনা ওসিদগী তরেৎনিগী মনুংদা শাপী অদুবু চিকসনু। য়েংঙু মল্লাপ ঐগী তপস্যাগী বল! ॥১০-১১॥ অসি হায়রমলগা মপা ঋষি অদুনা লৈরিবা মফমদা চৎখিদুনা শৃঙ্গীনা নপাবুংদা অভিশাপ তৌখিবগী ব্বা অদু তম্মুরে ॥ ১২ ॥ অথোইবা মুনি শমীকনা নপাবুং মহারাজগী মফমদা গৌরমুখ হায়না কৌবা গুণ চেল্লবা, লমচৎ ফজরবা শিষ্য অমা থাখ্রে ॥ ১৩ ॥

ওহাক্তুং পোখারগা গৌরমুখনা নিংথৌগী মফমদা থংহনখি— "নিংথৌ! ঐগী ইচানা শাপ তৌখ্রবনি চেকশিল্লু।" অদুম হায়না ঐগী গুরুদেবনা থংহল্লকই রাজন! ॥ ১৪ ॥ মহারাজ! তক্ষকনা অশাওবগা লোয়ননা চিকখিবা তারে হায়বা অকিব হ্বা অসি তাবদা, হে রাজন জনমেজয়! নপাবুং মহারাজনা য়ামনা কিরদুনা লিল অথোইবা তক্ষকতগী লাম্বোরুবা য়ামনা চেকশিনবা হৌখি। তরেৎনি শুম্বা নুমিৎ অদুদা, নিংথৌগী মফমদা ব্রহ্মর্ষি ওইরবা কাশ্যপ লাকখি, লম্বীদা লিল নিংথৌ তক্ষকনা মহাকপু উরে ॥ ১৫-১৭ ॥ থুনা য়াংনা চৎলিবা কাশ্যপতা লিল নিংথৌনা হায়— "কদায়দা অদুক থুনা চৎলিবনো অদুগা করি থবক্তৌরমগদনো?" ॥ ১৮ ॥ কাশ্যপনা হায়— হে ব্রাহ্মণ! কুরুবংশগী অথোইবা পরীক্ষিৎনা লৈবা মফমদা চৎলিবনি। ওসি ঙোহিদনা মহাকপু তক্ষকনা

গচ্ছাম্যহং তং নৃপতিং সদ্যঃ কর্তুমপজ্বরম্ । ময়াভিপন্নং তঞ্চাপি ন সর্পো ধর্ষয়িষ্যতি ॥২০॥

তক্ষক উবাচ ।

কিমর্থং তং ময়া দষ্টং সঞ্জীবয়িতুমিচ্ছসি । অহং স তক্ষকো ব্রহ্মন্ ! পশ্য মে বীর্য্যমদ্ভুতম্ ॥২১॥

ন শক্তস্ত্বং ময়া দষ্টং তং সঞ্জীবয়িতুং নৃপম্ । ইত্যুক্ত্বা তক্ষকস্তত্র সোঽদশদ্বৈ বনস্পতিম্ ॥২২॥

স দষ্টমাত্রো নাগেন ভস্মীভূতোঽভবন্নগঃ । কাশ্যপশ্চ ততো রাজন্ ! অজীবয়ত তং নগম্ ॥২৩॥

ততস্তং লোভয়ামাস কামং ব্রূহীতি তক্ষকঃ । স এবমুক্তস্তং প্রাহ কাশ্যপস্তক্ষকং পুনঃ ॥২৪॥

ধনলিপ্সুরহং তত্র যামীত্যুক্তশ্চ তেন সঃ । তমুবাচ মহাত্মানং তক্ষকঃ শ্লক্ষ্ণয়া গিরা ॥২৫॥

যাবদ্ধনং প্রার্থয়সে রাজ্ঞস্তস্মাত্ততোঽধিকম্ । গৃহাণ মত্ত এব ত্বং সন্নিবর্ত্তস্ব চানঘ ! ॥২৬॥

স এবমুক্তো নাগেন কাশ্যপো দ্বিপদাং বরঃ । লব্ধ্বা বিত্তং নিববৃতে তক্ষকাদ্যাবদীপ্সিতম্ ॥২৭॥

তস্মিন্ প্রতিগতে বিপ্রে ছদ্মনোপেত্য তক্ষকঃ । তং নৃপং নৃপতিশ্রেষ্ঠং পিতরং ধার্ম্মিকং তব ॥২৮॥

প্রাসাদস্থং যত্তমপি দগ্ধবান্ বিষবহ্নিনা । ততস্ত্বং পুরুষব্যাঘ্র ! বিজয়ায়াভিষেচিতঃ ॥২৯॥

এতদ্দৃষ্টং শ্রুতঞ্চাপি যথাবন্নৃপসত্তম ! অস্মাভির্নিখিলং সর্ব্বং কথিতং তেঽতিদারুণম্ ॥ ৩০॥

শ্রুত্বা চৈবং নরশ্রেষ্ঠ ! পার্থিবস্য পরাভবম্ । অস্য চর্ষেরুত্তঙ্কস্য বিধৎস্ব যদনন্তরম্ ॥ ৩১॥

---

চিকখিবা তাবে ॥ ১৯ ॥ মহাকপু লিংগী হূদগী কনগে হায়মনা থুনা চৎলিবনি। ঐনা হায়না থুংলুরবদি, লিল অমতনা মাবু চিকপা ঙম্মোই ॥ ২০ ॥ তক্ষকনা হায় করিগীদমক ঐনা চিকপবু হিংহনগদো-রিবনো ? ব্রাহ্মণ ! তক্ষক হায়বদো ঐনি, ঐগী অঙকপা শক্তি য়েংঙু ॥ ২১ ॥ ঐনা চিক্লবা নিংথৌবু থক হিংহনবা ঙম্মোই। অসি হায়রগা তক্ষকনা মাগী মমাংদা চাওরবা উজাও অমা চিকথৎলি ॥ ২২ ॥ লিল অহনা হেক চিকপদা উ অদু উৎ ওই। অদুদগী হে রাজন। কাশ্যপনা অমুক উৎ অদুবু মন্ত্রনা হিংগৎহল্লি ॥ ২৩ ॥ অদুদগী তক্ষকনা কাশ্যপতা "করি পাম্মি হাযবিয়ু" অসুম হায়না মিহৌহল্লি। মহাকনা অদুম হায়রবদুদা অমুক হন্না কাশ্যপনা তক্ষকতা হায়রকই ॥২৪॥ "ঐ শেল থর পাম্মি, অহনা মফম অদুদা চৎলিবনি" অসুম হায়না কাশ্যপনা হায়রম্মি। অদুদগী তক্ষকনা নিংথিবা বাহৈনা মহাত্মা ওইরবা কাশ্যপতা হায়খি ॥ ২৫ ॥ হে পাপ চেন্দ্রবা ব্রাহ্মণ! নিংথৌ অদুদগী হেক পামলিবা শেল, অদুদগীসু হেনবদো ঐভোন্দগী লৌরগা হনবিখ্রো ॥ ২৬ ॥ লিল অদুনা অদুম হায়রবদুদা মীগী মপুংদা অথোইবা ওইরবা কাশ্যপনা মানা হেক পাম্বা শেল তক্ষকতগী ফংলদুনা চৎখ্রে ॥ ২৭ ॥

ব্রাহ্মণ অদুনা চৎখ্রবা তক্ষকনা অরোনবা মপক পুন্না, নিংথৌ অথোইবা, ধর্ম চেনবা, চোকশিন্না কোম্লুং মতুংদা মৈনা নপাকুংবু হুগী মৈনা চাকথেকহল্লম্মি। অদুগী মতুংদা হে কলবা! মেরুবত্তু শানবা মহারাজবু অভিষেক তৌদুনা "জনমেজয়" অসুম হায়বা মিংথোলগা লোয়নন্না নিংথৌ হাপ-খিল্লি ॥২৮—২৯॥ হে নিংথৌ অথোইবা! ঐখোয়না তাখিবা উবিবা তমখিবা থৌরোকপশিং অসে

সৌতিরুবাচ।

এতস্মিন্নেব কালে তু স রাজা জনমেজয়ঃ। উবাচ মন্ত্রিণঃ সর্ব্বানিদং বাক্যমরিন্দমঃ ॥৩২॥

জনমেজয় উবাচ।

অথ তৎ কথিতং কেন যদ্বৃত্তং তত্র বনস্পতৌ। আশ্চর্য্যভূতং লোকস্য ভস্মরাশীকৃতং তদা ॥৩৩॥

যদ্বৃক্ষং জীবয়ামাস কাশ্যপস্তক্ষকেণ বৈ। নূনং মন্ত্রৈর্হতবিষো ন প্রণশ্যেত কাশ্যপাৎ ॥৩৪॥

চিন্তয়ামাস পাপাত্মা মনসা পন্নগাধমঃ। দষ্টং যদি মম্রা বিপ্রঃ পার্থিবং জীবয়িষ্যতি ॥৩৫॥

তক্ষকঃ সংহতবিষো লোকে যাস্যতি হাস্যতাম্। বিচিন্ত্যৈবং কৃতা তেন ধ্রুবং তুষ্টির্দ্বিজস্য বৈ ॥৩৬॥

ভবিষ্যতি হ্যুপায়েন যস্য দাস্যামি যাতনাম্। একং তু শ্রোতুমিচ্ছামি তদ্বৃত্তং নির্জনে বনে ॥৩৭॥

সংবাদং পন্নগেন্দ্রস্য কাশ্যপস্য চ কস্তদা। শ্রুতবান্ দৃষ্টবাংশ্চাপি ভবৎসু কথমাগতম্।
শ্রুত্বা তস্য বিধাস্যেঽহং পন্নগান্তকরীং মতিম্ ॥৩৮॥

মন্ত্রিণ উবাচ।

শৃণু রাজন্! যথাস্মাকং যেন তৎ কথিতং পুরা। সমাগমং দ্বিজেন্দ্রস্য পন্নগেন্দ্রস্য চাধ্বনি ॥৩৯॥

তস্মিন্ বৃক্ষে নরঃ কশ্চিদিন্ধনার্থায় পার্থিব!। বিচিন্বন্ পূর্ব্বমারূঢ়ঃ শুষ্কশাখবনস্পতৌ ॥৪০॥

ন বুধ্যেতামুভৌ তৌ চ নগস্থং পন্নগদ্বিজৌ। সহ তেনৈব বৃক্ষেণ ভস্মীভূতোঽভবন্নৃপ! ॥৪১॥

---

তমজরবনি ॥৩০॥ হে মী মনুংদা অথোইবা ওইরিবা। পরীক্ষিৎ নিংথৌগী মৃত্যু অমদি উতঙ্ক মুনিগী মরা৹ তারগা কদায়না ফগদগে হায়বদু খনবিরগা মাহুমক তৌবিয়ু ॥৩১॥ সৌতিনা হায়ঃ—য়েক্লবা পুম্ববু ওয়বা জনমেজয় নিংথৌনা মতম অসিমক্তদা মন্ত্রী পুমনমকী মকমদা বা অসি হায়খি ॥৩২॥ জনমেজয়না হায়ঃ—অদুগুম্বা বট পাম্বী অদুগী মথক্তা থোকখিবা, মীপুম্বগী অঙকপা ওইবা, তক্ষকনা চিক্লুনা ভস্ম ওইখ্রবা উবু কাশ্যপনা অমুক হিংহল্লি হায়বা, থৌদোক অসে কনানা তম্বলো? কাশ্যপকী মন্ত্রনা হু অদো লোইনা মাংখি অদুনা উ অদু অমুক হিংবনি হায়বসি ঐনা থাজৈ ॥৩৩—৩৪॥ ঐনা চিক্লুনা শিরবা নিংথৌবু কাশ্যপনা অমুক হিংহল্লবদি মহু লোথোকপিখ্রবা তক্ষকনা লোক সমাজদা য়ামনা চোপ্পা তারে, নোক্নখিবা তারে হায়বসি তোল্লবা, পাপ চেল্লবা লিল (তক্ষক) অহনা মপুক্লিংদা খনখ্রবনি। অদু খন্দুনা শেলতনা ব্রাহ্মণ (কশ্যপ) অদুবু পেলহন্দুনা হুলহনখ্রবনি ॥৩৫—৩৬॥

ঐ শোয়দনা তক্ষককী লমন খুমগনি, করিগুম্বা উপায় অমা তৌরবদি মাদু ওমগনি। অদুগা চিকখ্রবা বোন অদুদা থোকখিবা থৌদোক অদো, অদুমতদি তাল্লিংঙি ॥৩৭॥ তক্ষকা কাশ্যপকা ওয়ানখিবা য়াসে কনানা লোয়না মতমদুদা তাহৌবগে অদুগা কনানা তম্মুদুনা মন্ত্রীশিংদুনা মাসি তাবিখিবগে? মাসি শেংনা তারগা লিল অদু মাংননবা য়াথল্লদো ঐ শোয়দনা তৌগে ॥৩৮॥ মন্ত্রীশিংনা হায়ঃ—তাবিয়ু মহারাজা লিল অথোইবা তক্ষকা ব্রাহ্মণ অথোইবা কাশ্যপকা উনখিবা অমসুং ওয়ানখিবা মতাং অদু তমখিবা মীশকম্না তমজগে ॥৩৯॥ মহারাজ! মশা কনবা উপাও অদুগী মথক্তা শিংখিগে হায়বগীদমক কনাগুম্বা নিপা অমা য়াম্না কাখৎতুনা লৈরম্লবনি ॥৪০॥

লিল অহুদু ব্রাহ্মণ অহুম অনিমক উথক্তা লৈরিবা মী অদুবু উয়নদে। অহানবদা উ অদুনা উৎ

দ্বিজপুত্রাবাদ্রাজেন্দ্র! ব্যজীবৎ স বনস্পতিঃ। তেনাগম্য দ্বিজশ্রেষ্ঠ! পুংসাস্মাসু নিবেদিতম্
যথাবৃত্তং তু তৎ সৰ্বং তক্ষকস্য দ্বিজস্য চ ॥৪২॥

এতত্তে কথিতং রাজন্! যথা দৃষ্টং শ্রুতঞ্চ যৎ। শ্রুত্বা নৃপশার্দ্দূল! বিধৎস্ব যদনন্তরম্ ॥৪৩॥

সৌতিরুবাচ।

মন্ত্রিণান্তু বচঃ শ্রুত্বা স রাজা জনমেজয়ঃ। পর্য্যতপ্যত দুঃখার্ত্তঃ প্রত্যপিংষৎ করং করে ॥৪৪॥

নিশ্বাসমুষ্ণমসকৃদ্দীর্ঘং রাজীবলোচনঃ। মুমোচাশ্রূণি চ তদা নেত্রাভ্যাং প্ররুদন্ নৃপঃ ॥৪৫॥

উবাচ চ মহীপালো দুঃখশোকসমন্বিতঃ। দুর্দ্ধরং বাষ্পমুৎসৃজ্য স্পৃষ্ট্বা চাপো যথাবিধি ॥৪৬॥

মুহূর্ত্তমিব চ ধ্যাত্বা নিশ্চিত্য মনসা নৃপঃ। অমর্ষী মন্ত্রিণঃ সৰ্ব্বানিদং বচনমব্রবীৎ ॥৪৭॥

জনমেজয় উবাচ।

শ্রুত্বৈতদ্ভবতাং বাক্যং পিতুর্মে স্বর্গতিং প্রতি। নিশ্চিতেয়ং মম মতির্যা চ তাং মে নিবোধত ॥৪৮॥

অনন্তরঞ্চ মন্যেঽহং তক্ষকায় দুরাত্মনে। প্রতিকর্ত্তব্যমিত্যেবং যেন মে হিংসিতঃ পিতা ॥৪৯॥

শৃঙ্গিণং হেতুমাত্রং যঃ কৃত্বা দগ্ধ্বা চ পার্থিবম্। ইয়ং দুরাত্মতা তস্য কাশ্যপং যো ন্যবর্ত্তয়ৎ ॥৫০॥

যদ্যাগচ্ছেৎ স বৈ বিপ্রো নন্বু জীবেৎ পিতা মম। পরিহীয়েত কিং তস্য যদি জীবেৎ স পার্থিবঃ।
কাশ্যপস্য প্রসাদেন মন্ত্রিণাং বিনয়েন চ ॥৫১॥

স তু বারিতবান্ মোহাৎ কাশ্যপং দ্বিজসত্তমম্। সঞ্জিজীবয়িষুং প্রাপ্তং রাজানমপরাজিতম্ ॥৫২॥

---

ওইনা চাকপদা মী অহুম্ন য়াওকুরবনি ॥ ৪১ ॥ মহাৰাজ! ব্ৰাহ্মণ অহ্নগী প্ৰভাৱতকী উজাও অমুক হিংগ'লম্মি। নিপা অহুম্ন অমুক হিংগৎলক্তুনা ব্ৰাহ্মণ অহ্নগা তক্ষকা অনিগী মরক্তা হেক থোদোক মথৈ তম্মম্মি ॥ ৪২ ॥ মহারাজ! ঐখোয়না উখিবা তাখিবা পুম্বা তমজরবসিনি। মাসি তাবিরগা তৌগদবা থবক তৌবিরো ॥ ৪৩ ॥ সৌতিনা হায়ঃ—মন্ত্ৰীশিংগী ৱা অহ্ন তাবদা নিংথৌ জনমেজয়তু থোইদোক্না ৱাখি। অৱাবনা থল্লবা নিংথৌনা মুংঙাইতবা শাওনিংবনা থুংশা প্ৰোক প্ৰোক থেক্তুনা নৈতুনা খাংখি ॥ ৪৪ ॥ থৱাল মনাগী মতৌগুম নিংথিজরবা মিৎনা মহাক্কী ওইববা নিংথৌ জনমেজয়না অশাবা মুংশাশোর শাংনা ফুইনা হোন্দুনা নিংথিজরবা মিৎলু অনিদুদগী পি শিন্থতুনা কপখি ॥ ৪৫ ॥ অৱাবা মুঙাইতবনা থল্লবা নিংথৌনা অতৎ অথম লৈত্ৰবা পি শিন্থহনা বিধি কাযদনা লিকং পায়খত্নুনা হায়খি ॥৪৬॥ ওহাক্তুংথ্যান তৌরুরগা পুক্লিংদা মুম্না লেপ্পরগা শাওবনা খাংবা ওমত্ৰবা নিংথৌনা মন্ত্ৰীশিংদা ৱা অসি হায়খি ॥ ৪৭ ॥ জনমেজয়না হায়ঃ—ইপানা নোংগাথিংবগী মরম পুম্বা মধামগী মফমদগী তারে অহুগা ঐগী পুক্লিংদা লেপললিবসি ময়ামদা হায়জগে অমুক্তা তাবিয়ু ॥ ৪৮ ॥ ইপাবু মাংহনখিবা মপুকচেল ফত্রবা তক্ষককী মফমদা শোয়দনা লগন থুমগদবনি হায়বসি পুক্লিংদা লেপচরে ॥ ৪৯ ॥ শৃঙ্গী মুনিদা মরাল পিরগা নিংথৌবু চিকথৎলহ্নগা কাশ্যপপু লম্বীদগী হলহনখিৱবনি, অহ্মক য়াম্না ফত্রবা মাগী পুকচেল্লি ॥ ৫০ ॥ ব্ৰাহ্মণ (কাশ্যপ) অহ্ন মতম চানা লাক্লম্লবদি শোয়দনা ইপা হিংলমগদবনি। কাশ্যপকী থৌজাজদগী অমসুং মন্ত্ৰীশিংনা হায়জবদগী ইপা নিংথৌনা হিংলম্লবদি মাগী করি কায়বা লৈ?

অহৈ অমনা ওমত্রবা নিংথৌবু হিংহল্লিংদুনা লাকলবা ব্ৰাহ্মণ অথোইবা কাশ্যপপু মানা কল্লক-

মহানতিক্রমো হ্যেষ তক্ষকস্য দুরাত্মনঃ। ছিদ্রস্য যোঽদদদ্ব্রেব্যাং মা নৃপং জীবয়েদিতি ॥৫৩॥
উতঙ্কস্য প্রিয়ং কর্ত্তুম্ আত্মনশ্চ মহৎ প্রিয়ম্। ভবতাঞ্চৈব সর্ব্বেষাং গচ্ছাম্যপচিতিং পিতুঃ ॥৫৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
আস্তীকে পরীক্ষিন্মন্ত্রিসংবাদো নাম পঞ্চচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

—:(*):—

পদগী হলহনখিবনি ॥ ৫২ ॥ নিংথৌবু হিংহনগনু হায়রূনা ব্রাহ্মণদা পৈশা পিজখ্রবা মপুকচেল ফত্রবা তক্ষকনা তৌখিবা থবক অদো য়ামনা কা হেল্লবনি ॥ ৫৩ ॥ মরম অদুনা উতঙ্কগী পেম্নবগীদমক, ইশাগী অমদি ময়াম পুম্বগী নিংবা থুংনবা শোয়দনা ইপাগী লমন ত্তোনবা শিংখিনি ॥৫৪॥

মসিদা শ্লোক লিশিং চামনা, থল্লবা শ্রীব্যাসনা লেংবা মহাভারতকী অহানবা পর্ব্বগী
আস্তীককী পরীক্ষিন্মন্ত্রিসম্বাদঃ কৌবা নিযুমত্তা শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

—:০:—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব—আস্তীকে সর্পসত্রোপক্রমঃ

(মিফুতরুক শুবা অধ্যায়)

—(০)—

সৌতিরুবাচ।

এবমুক্তস্ততঃ শ্রীমান্ মন্ত্রিভিশ্চানুমোদিতঃ। আরুরোহ প্রতিজ্ঞাং স সর্পসত্রায় পার্থিবঃ ॥১॥

ব্রহ্মন্! ভরতশার্দ্দূলো রাজা পারীক্ষিতস্তদা। পুরোহিতমথাহূয় ঋত্বিজো বসুধাধিপঃ ॥২॥

অব্রবীদ্বাক্যসম্পন্নঃ কার্য্যসম্পৎকরং বচঃ। যো মে হিংসিতবাংস্তাতং তক্ষকঃ স দুরাত্মবান্ ॥৩॥

প্রতিকুর্য্যাং যথা তস্য তদ্ভবন্তো ব্রুবন্তু মে। অপি তৎকর্ম্ম বিদিতং ভবতাং যেন পন্নগম্।
তক্ষকং সম্প্রদীপ্তেঽগ্নৌ প্রক্ষিপেয়ং সবান্ধবম্ ॥৪॥

যথা তেন পিতা মহ্যং পূর্ব্বং দগ্ধো বিষাগ্নিনা। তথাহমপি তং পাপং দগ্ধুমিচ্ছামি পন্নগম্ ॥৫॥

ঋত্বিজ ঊচুঃ।

অস্তি রাজন্! মহৎ সত্রং ত্বদর্থং দেবনির্ম্মিতম্। সর্পসত্রমিতি খ্যাতং পুরাণে পরিপঠ্যতে ॥৬॥

আহর্ত্তা তস্য সত্রস্য ত্বন্নান্যোঽস্তি নরাধিপ। ইতি পৌরাণিকাঃ প্রাহুরস্মাকঞ্চাস্তি স ক্রতুঃ ॥৭॥

এবমুক্তঃ স রাজর্ষির্মেনে দগ্ধং হি তক্ষকম্। হুতাশনমুখে দীপ্তে প্রবিষ্টমিতি সত্তম! ॥৮॥

---

সৌতিনা হায়— শ্রীসম্পত্তিনা থল্লবা নিংথৌনা মন্ত্রীশিংবিরুম্মু য়ারক্লুনা সর্পসত্র (লিলগী যজ্ঞ) তৌগনি হায়না ৱাশকলে ॥ ১ ॥ হে ব্রাহ্মণ (হে সৌনক)! ভরতশাগেগী অখোইবা নিংথৌ, ৱাড্রাংহৈবা জনমেজয়না যজ্ঞ তৌবা ব্রাহ্মণশিং অমদি কুলপুরোহিত কৌরুনা থবক পাংথোকনবা ৱা অসি হায়খি— "ইপাবু হিংসা তৌখিবা তক্ষক অদো ইপাগী মফমদা য়ামনা তমথিবা য়েংথিবা নিপা অমনি ॥ ৩ ॥ ঐনা মহাক্কী মফমদা লমন শুদ্ধবা ভম্বা উপায় অদো হায়বিয়ু। চাক্লবা মৈদা মাগী শাগেনাক্তে পুন্নমক্তা লোইননা তক্ষকপু হোম তৌদুনা থাদোকপা য়াবা যজ্ঞ মতৌ অদো মরাম থংবিরিবনা? ॥ ৪ ॥ মথাংঙৈদা ইপাবু হুগী মৈনা চাকহন্দুনা মাংহনখিবা মহাক অদো ঐস্নু মৈনা চাকখোকহনদুনা মাংহল্লিজি ॥ ৫ ॥

ঋত্বিকশিংনা হায়,— লৈগনি মহারাজ! লাইশিংনা মমাংঙৈদা শেমখ্রবা পুরাণদা ইদুনা লৈখ্রবা "সর্পসত্র" অমম কায়ন থাংনরবা যজ্ঞ অদো মহারাজগী দমক শোইদনা লৈগনি ॥ ৬ ॥ পুরাণনিংবা মীশিংনা হায়লমহারাজ মতুনা কনানম্লু যজ্ঞ অম্ম তৌবিনিংঙাই লৈতে—যজ্ঞ অদো ঐখোয় মুন্না থংজে ॥ ৭ ॥ হে সাধু অখোইবা

ততোঽব্রবীন্মন্ত্রবিদস্তান্ রাজা ব্রাহ্মণাংস্তদা। আহরিষ্যামি তৎ সত্রং সম্ভারাঃ সন্ধ্রিয়ন্তু মে ॥৯॥

সৌতিরুবাচ

ততস্ত ঋত্বিজস্তস্য শাস্ত্রতো দ্বিজসত্তম। তং দেশং মাপয়ামাসুর্যজ্ঞায়তনকারণাৎ ॥ ১০ ॥

যথাবদ্বেদবিদ্বাংসঃ সর্ব্বে বুদ্ধেঃ পরং গতাঃ। ঋদ্ধ্যা পরময়া যুক্তমিষ্টং দ্বিজগণৈর্যুতম্ ॥১১॥

প্রভূতধনধান্যাঢ্যমৃত্বিগ্‌ভিঃ সুনিষেবিতম্। নির্ম্মায় চাপি বিধিবদ্‌যজ্ঞায়তনমীপ্সিতম্ ॥ ১২॥

রাজানং দীক্ষয়ামাসুঃ সর্পসত্রাপ্তয়ে তদা। ইদঞ্চাসীত্তত্র পূর্ব্বং সর্পসত্রে ভবিষ্যতি ॥১৩॥

নিমিত্তং মহদুৎপন্নং যজ্ঞবিঘ্নকরং তদা। যজ্ঞস্যায়তনে তস্মিন্ ক্রিয়মাণে বচোঽব্রবীৎ ॥১৪॥ (কুলকম্)

স্থপতির্ব্বুদ্ধিসম্পন্নো বাস্তুবিদ্যাবিশারদঃ। ইত্যব্রবীৎ সূত্রধারঃ সূতঃ পৌরাণিকস্তদা ॥১৫॥

যস্মিন্ দেশে চ কালে চ মাপনেয়ং প্রবর্ত্তিতা। ব্রাহ্মণং কারণং কৃত্বা নায়ং সম্পৎস্যতে ক্রতুঃ ॥১৬॥

এতচ্ছ্রুত্বা তু রাজাসৌ প্রাগ্‌দীক্ষাকালমব্রবীৎ। ক্ষত্তারং নহি মে কশ্চিদজ্ঞাতঃ প্রবিশেদিতি ॥১৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি আস্তীকে

সর্পসত্রোপক্রমো নাম ষট্‌চত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

—০ঃ০—

---

শৌনক। পুরোহিতশিংগী ৱা তাবদা মৈচাক ফনা চাক্লবা মৈন্নুংদা তক্ষক চাকখ্রেদনা শুম হায়না খনথি ॥ ৮ ॥ অগী মতুংদা নিংথৌনা মন্ত্র হৈরবা ব্রাহ্মণশিংদা হায়রকই যজ্ঞ অসিদা চংগদবা সামগ্রী পুন্থা হায়বিযু মাঙ ঐনা লাংজরগনি ॥ ৯ ॥ সৌতিনা হায়— হে ব্রাহ্মণ। অদুগী মতুংদা পুরোহিতশিংনা শাস্ত্রগী বিধি মতুং ইন্না যজ্ঞ তৌননবগী মফম অদু ওনবা হৌরে ॥ ১০ ॥ বেদগী বিধি কাযদনা বেদ খংলবাশিং অদুনা ব্রাহ্মণ অতৈ খিবিক্কা লোয়ননা শেল থুম যামনা চংলবা পোৎচৈ লাংখৎলে। যজ্ঞগী মফম অদুদা পুরোহিত অমদি ব্রাহ্মণশিং যামনা থুংলরে শেল থুম য়ামনা পৈথত্তুনা থমলে। অদুগী মতুংদা রাজ্ঞ পুরোহিতশিংনা বিধি কাযদনা যজ্ঞ বেদি শাত্তুনা সর্পসত্রগী ফল ফংননবগীদমক নিংথৌ জনমেজযবু যজ্ঞগী দীক্ষা পিগদবগী থৌরাং তৌখ্রে। অদুমদি ওইরবদা সর্পসত্র তৌদ্রিবৈগী মমাংদা যজ্ঞগী য়ৈখাইবা ওইবা লক্ষণ অমতং উরে। যজ্ঞগী য়ুম্ফম লেপপা মতমদা মী অমনিনা হায়রকলে ॥ ১১—১৪ ॥ পুরাণ শাস্ত্র খংলবা, সুতজাতিদা পোক্লবা, ভৌতিক-বিদ্যা হৈরবাশিংলবা শিল্পী (মথুৎ মশাহৈববা) অমনা হায়বকই ॥ ১৫ ॥ অদুগুম্বা মফম অমদি মতমদা অসিগুম্বা যজ্ঞগীদমক যজ্ঞগী য়ুম্ফম ব্রাহ্মণ অমনা মরম ওইদুনা ওনথ্রবদি, লেপনথ্রবদি যজ্ঞ নিংথিনা পাংথোকপা য়াবোই ॥ ১৬ ॥ ৱা অসি তাবদা নিংথৌ জনমেজয়না দীক্ষা লৌত্রিবৈগী মমাংদা ঐ খংদনা কনাগুম্বা অমতা চংহনবা যাদে হায়দুনা দ্বারপালদা হাযখি ॥ ১৭ ॥

মসিনা শ্লোক লিশিং চামনা, থল্লবা শ্রীব্যাসনা লেংবা শ্রীমহাভারতকী অহানবা পর্ব্বগী আস্তীককী সর্পসত্রোপক্রমো কৌবা নিফুতরুক শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

—✱—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব— আস্তীকে সর্পসত্রানুষ্ঠানং

(নিফুতরেৎ শুবা অধ্যায়)

—:(০):—

সৌতিরুবাচ।

ততঃ কর্ম্ম প্রববৃতে সর্পসত্রবিধানতঃ। পর্য্যক্রামংশ্চ বিবিধং স্বে স্বে কর্ম্মণি যাজকাঃ ॥১॥

প্রাবৃত্য কৃষ্ণবাসাংসি ধূমসংরক্তলোচনাঃ। জুহুবুর্মন্ত্রবচ্চৈব সমিদ্ধং জাতবেদসম্ ॥২॥

কম্পয়ন্তশ্চ সর্ব্বেষামুরগাণাং মনাংসি চ। সর্পনাজুহুবুস্তত্র সর্বানগ্নিমুখে তদা ॥৩॥

ততঃ সর্পাঃ সমাপেতুঃ প্রদীপ্তে হব্যবাহনে। বিচেষ্টমানাঃ কৃপণমাহ্বয়ন্তঃ পরস্পরম্ ॥৪॥

বিস্ফুরন্তঃ শ্বসন্তশ্চ বেষ্টয়ন্তঃ পরস্পরম্। পুচ্ছৈঃ শিরোভিশ্চ ভৃশং চিত্রভানুং প্রপেদিরে ॥৫॥

শ্বেতাঃ কৃষ্ণাশ্চ নীলাশ্চ স্থবিরাঃ শিশবস্তথা। নদন্তো বিবিধান্ নাদান্ পেতুর্দীপ্তে বিভাবসৌ ॥৬॥

ক্রোশযোজনমাত্রা হি গোকর্ণস্য প্রমাণতঃ। পতন্ত্যজস্রং বেগেন বহ্নাবগ্নিমতাং বর! ॥৭॥

এবং শতসহস্রাণি প্রযুতান্যর্বুদানি চ। অবশানি বিনষ্টানি পন্নগানান্তু তত্র বৈ ॥৮॥

---

সৌতিনা হায— অতুগী মতুংদা সর্পসত্রগী হোনবী মতুং ইন্না থবক হোৎখ্রে। যজ্ঞ ফমলিবা ব্রাহ্মণশিং অদুনা মাগী মাগী মথোদা বিধি কায়দনা থবক পায়খৎলকই। ॥ ১ ॥ ব্রাহ্মণশিং অদুনা ফীজোল অমুবা শেৎতুনা, যজ্ঞগী মৈখুনা মমিৎশিং অহু ইঙাং ঙাংদুনা, মন্ত্র পাঠকা লোয়ননা হোম তৌবা হৌরকলে ॥ ২ ॥ . লিল হায়বা জাৎ পুমনমককী থম্মোইবু, তনিক তনিকহন্দুনা ব্রাহ্মণ-শিংনা লিল পুম্নবু মথং মথং যজ্ঞগী মৈরোমদা মন্ত্রনা কৌবা হৌরকলে ॥ ৩ ॥ অদুগী মতুংদা লিল পুম্না অমগা অমগা কৌনরদুনা করি তৌনিংঙাই লৈতনা পাইরক পাইরক্তুনা চাক্লবা মৈশ্নিদা চোংশিনবা হৌরকলে ॥ ৪ ॥

মুংশামপী থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা, ফু ফু কামদুনা মমৈগা মকোক্কা অমগা অমগা য়েৎশিন্নদুনা শাকু কন্না মৈশ্নুংদা চেলশিল্লক্রে ॥ ৫ ॥ অঙৌবা, অমুবা, অশংবা, অহল, নহা, পাখং ফারবা মথল মখা অয়াম্বা তোঙাল তোঙালবা খোজেন্না ঙংল ঙংলদুনা মৈশ্নুংদা চোংশিনবা হৌরক্রে ॥ ৬ ॥ হে যজ্ঞ হৈরবা শৌনক! ক্রোশ অমা শাংবা, যুথক অমা শাংবা অমসুং শনগী মনাকোংমুক্তা তেনবা লিল জাৎ জাৎ অসি শাকু কন্না অত্তৎ অথম লৈতনা মৈশ্নাদা তাররে ॥ ৭ ॥ মতৌ অসুম্না সর্পসত্র অদুদা লিল চাম চাম, লিশিং লিশিং নিযুত নিযুতনা মশা মশাবু কণ্ডবা ঙমদনা মৈশ্নুংদা চাকপা হৌরক্রে ॥৮॥

তুরঙ্গা ইব ভ্রান্তে হস্তিহস্তা ইবাপরে । ম[illegible] ইব চ মাতঙ্গা মহাকায়া মহাবলাঃ ।।৯।।
উচ্চাবচাশ্চ বহবো নানাবর্ণা বিষোল্বণাঃ । ঘোরাশ্চ পরিঘপ্রখ্যা দন্দশূকা মহাবলাঃ ।
প্রপেতুরগ্নাবুরগা মাতৃবাগ্দণ্ডপীড়িতাঃ ।।১০।।
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
আস্তীকে সর্পসত্রানুষ্ঠানং নাম সপ্তচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ।।০।।

—o—

লিঙ্গ কয়াদা সখোল্মুক চাওবা, থরনা শামু মনাতোনগুম্বা কয়ানা ময়াই কারবা শামুগুম্বা, মশা চাওরবা, মপাঙ্গল কল্লবা, মচু কল্লবা, মচু তোঙান তোঙানবা, অকীবগী মশক ফংলবা, তাগী মতৌগুম থৌরবা, য়াম্বা চীকল্লবা মপাঙ্গল কল্লবা লিলসিং অসি মমাকত্রুগী শাপতগী মৈলুংদা চোংশিন্দুনা শিনরক্লে ॥ ৯-১০ ॥

মাসিদা শ্লোক লিশিং চামনা থল্লবা শ্রীব্যাসনা লেংবা মহাভারতকী অহানবা পর্ব্বগী
আস্তীকে সর্পসত্রানুষ্ঠান কৌবা নিফুতরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে ।।

——:(*):——

# শ্রীমহাভারতম্

## আদিপর্ব্ব—আস্তীকে বাসুকিবাক্যং

( নিফুমিপাল শুবা অধ্যায় )

—(*)—

শৌনক উবাচ।

সর্পসত্রে তদা রাজ্ঞঃ পাণ্ডবেয়স্য ধীমতঃ। জনমেজয়স্য কে ত্বাসন্ ঋত্বিজঃ পরমর্ষয়ঃ ॥১॥
কে সদস্যা বভূবুশ্চ সর্পসত্রে সুদারুণে। বিষাদজননেঽত্যর্থং পন্নগানাং মহাভয়ে ॥২॥
সর্বং বিস্তরশস্তাত। ভবান্ শংসিতুমর্হতি। সর্পসত্রবিধানজ্ঞ-বিজ্ঞেয়াঃ কে চ সূতজ ! ॥৩॥

সৌতিরুবাচ।

হন্ত তে কথয়িষ্যামি নামানীহ মনীষিণাম্। যে ঋত্বিজঃ সদস্যাশ্চ তস্যাসন্ নৃপতেস্তদা ॥৪॥
তত্র হোতা বভূবাথ ব্রাহ্মণশ্চণ্ডভার্গবঃ। চ্যবনস্যান্বয়ে খ্যাতো জাতো বেদবিদাং বরঃ ॥৫॥
উদ্গাতা ব্রাহ্মণো বৃদ্ধো বিদ্বান্ কৌৎসোঽথ জৈমিনিঃ। ব্রহ্মাভবচ্ছার্ঙ্গরবোঽথাধ্বর্য্যুশ্চাপি পিঙ্গলঃ ॥৬॥
সদস্যশ্চাভবদ্ব্যাসঃ পুত্রশিষ্যসহায়বান্। উদ্দালকঃ প্রমতকঃ শ্বেতকেতুশ্চ পিঙ্গলঃ ॥৭॥
অসিতো দেবলশ্চৈব নারদঃ পর্ব্বতস্তথা। আত্রেয়ঃ কুণ্ডজঠরো দ্বিজঃ কালঘটস্তথা ॥৮॥

---

শৌনোকনা হায়ঃ— পাণ্ডুগী বংশদা পোক্লবা, শিংলবা জনমেজয় নিংথৌগী সর্পসত্রদা করম করম্বা মহর্ষিশিংনা পুরোহিত ওইরম্বগে ? ॥১॥ তমথীরবা, অম্বাবা পোক্লবা ওইরবা, লিল পুম্বগী থোক্না কিনফম ওইরবা সর্পসত্র অদুদা কনা কনানা শিল লাংথ্রনা থবক তৌরম্বগে ? ॥২॥ হে সৌতি ! সর্পসত্রগী বিধান খংবাশিং অদুগী মসুংদা মরু ওইনা য়াওরিবনা কনা কনানো ? অসি পুম্নমক লোইনা মরাং কায়না ঐথোয়দা হায়বিয়ু ॥ ৩ ॥ মহারাজ জনমেজয়গী সর্পসত্রদা য়াওখিবা জ্ঞান লৈবা পুরোহিত অমদি সভ্যশিং অদুগী মমিং মথং মথং হায়জগে ॥ ৪ ॥ চ্যবন ঋষিগী বংশদা পোক্লবা চণ্ডভার্গব স্তম হায়না কাওরবা ব্রাহ্মণ অখোইবদুনা যজ্ঞদুগী হোতা ( কুণ্ডদা হোম তৌবা ) ওইরম্মি ॥ ৫ ॥ অহল ওইরবা, লৈরবা কৌৎসনা "উদ্ গাতা" ( বেদ খীবা ), জৈমিনিগা শার্ঙ্গরবগা অনিনা "ব্রহ্মা" অদুগা পিঙ্গলাচার্য্যনা "অধ্বর্য্যু" ওইরম্মি ॥ ৬ ॥ মচা অমদি শিষ্যশিংগা লোইনরবা বেদব্যাস, উদ্দালক, প্রমতক, অমদা পিঙ্গল কৌবা অতোপ্পা ব্রাহ্মণ অমসু সভা অদুগী সদস্যশিং ওইরম্মি ॥ ৭ ॥ অসিত, দেবল, নারদ, পর্ব্বত, আত্রেয়, কুণ্ডজঠর, কালঘট বাহ্মণ, অপ অমসুং বেদপাঠদা পুক্নিং চংলবা অহল

শাস্তঃ শ্রুতশ্রবা বৃদ্ধো জপস্বাধ্যায়শীলবান্। কোহলো দেবশর্ম্মা চ মৌদ্গল্যঃ সমসৌরভঃ ॥৯॥
এতে চান্যে চ বহবো ব্রাহ্মণা বেদপারগাঃ। সদস্যাশ্চাভবংস্তত্র সত্রে পারীক্ষিতস্য হ ॥১০॥
জুহ্বৎস্বৃত্বিক্ষ্বথ তদা সর্পসত্রে মহাক্রতৌ। অহয়ঃ প্রাপতংস্তত্র ঘোরাঃ প্রাণিভয়াবহাঃ ॥১১॥
বসামেদোবহাঃ কুল্যা নাগানাং সম্প্রবর্ত্তিতাঃ। ববৌ গন্ধশ্চ তুমুলো দহ্যতামনিশং তদা ॥১২॥
পততাঞ্চৈব নাগানাং বিষ্ঠিতানাং তথাম্বরে। অশ্রূয়তানিশং শব্দঃ পচ্যতাঞ্চাগ্নিনা ভৃশম্ ॥১৩॥
তক্ষকস্তু স নাগেন্দ্রঃ পুরন্দরনিবেশনম্। গতঃ শ্রুত্বৈব রাজানং দীক্ষিতং জনমেজয়ম্ ॥১৪॥
ততঃ সর্ব্বং যথাবৃত্তমাখ্যায় ভুজগোত্তমঃ। অগচ্ছচ্ছরণং ভীত আগস্কৃত্বা পুরন্দরম্ ॥১৫॥
তমিন্দ্রঃ প্রাহ সুপ্রীতো ন তবাস্তীহ তক্ষক। ভয়ং নাগেন্দ্র! তস্মাদ্বৈ সর্পসত্রাৎ কদাচন ॥১৬॥
প্রসাদিতো ময়া পূর্ব্বং তবার্থায় পিতামহঃ। তস্মাত্তব ভয়ং নাস্তি ব্যেতু তে মানসো জ্বরঃ ॥১৭॥

সৌতিরুবাচ।

এবমাশ্বাসিতস্তেন ততঃ স ভুজগোত্তমঃ। উবাস ভবনে তস্মিন্ শক্রস্য মুদিতঃ সুখী ॥১৮॥
অজস্রং নিপতৎস্বগ্নৌ নাগেষু ভৃশদুঃখিতঃ। অল্পশেষপরীবারো বাসুকিঃ পর্য্যতপ্যত ॥১৯॥
কশ্মলঞ্চাবিশদ্ঘোরং বাসুকিং পন্নগোত্তমম্। স ঘূর্ণমানহৃদয়ো ভগিনীমিদমব্রবীৎ ॥২০॥

---

ওইররা শ্রুতশ্রবা, কোহল, দেবশর্ম্মা, মৌদগল্য, সমসৌরভ অমসুং মথোয়শিং অসি নত্তবা বেদ মুননা খংলবা ব্রাহ্মণশিংনা পরীক্ষিৎকী মচা জনমেজয়গী যজ্ঞ অদুগী সদস্য ওইরম্মি ॥ ৮-১০ ॥ চাওরবা "সর্পসত্র" কৌবা মহাযজ্ঞ অদুদা পুরোহিতশিংনা হোম অসুম তৌনা তৌনা, চাওর চাওরবা অকিবগী মশক ওইরবা লিলশিংনা মৈসুংদা চোংশিন্দুনা তাখি ॥১১॥ অতৎ অথম লৈতনা চাকশিল্লকপা লিলশিং অতুগী মরেক মহাওশিংনা ঈথোং মচা মচা ওইনা চেন্থরকলে। কল্লবা মনমনা মাইকৈ মরিদা শিল্লক্লে ॥ ১২ ॥ লিল কয়ানা অতিয়াদা পাইরক্লি, কয়ানা তারকলি, কয়ানা মৈসুংদা তারক্লুনা চাক্লি, মাসিমক্তুগী খোজেলনা অতৎ অথম লৈতনা তাখি ॥ ১৩ ॥

তক্ষক হায়বা লিল নিংথৌ অদুদি অতুঙৈ নিংথৌ জনমেজয়না সর্পসত্র তৌগনি হায়রদুনা দীক্ষা লৌখিবা শুমিৎ অদুদগী মশা কন্নবগী দমক ইন্দ্রগী ময়ুম্বদা অদুম লৈরবনি ॥১৪॥ লিল অথোইবা তক্ষকনা জনমেজয়নী সর্পসত্রগী মরম ব্বারী পুম্বা তন্নগা মানা হান্না ত্তৌখিন্না মরাল অতুগী মহৈ কিরক-লদুনা ইন্দ্রগী মফমদা চংজখিবনি ॥১৫॥ পেনবিরদুনা ইন্দ্রনা মাঙোন্দা হায়খিঃ— 'হে নিংথৌ তক্ষক সর্পসত্রদো থক কিরুগ্ন, ঐ লৈ ॥১৬॥ ঐনা মমাংঙৈদা নংগী মমক ব্রহ্মাদা হায়জদুনা পেলহনম্ব্রবনি। অদুনা কিগন্নু, পুক্লিংগী অম্বাবা যুংঙাইতবা থাদোকঙউ ॥১৭॥ সৌতিনা হায়ঃ— ইন্দ্রনা অসুম্না থেমজিন-বিরদুনা লিল অথোইবা তক্ষক অদো যুংঙাইরদুনা ইন্দ্রগী ময়ুমদা লৈখি ॥১৮॥

অতৎ অথম লৈতনা লিল ময়ামনা নোংমগী অসুম মৈসুংদা চোংশিন্দুনা শিনরকলদবা অমাংগৈ নাতৈ পরিবারনা খজিত্তুনা মডাইরকলবদা বাসুকিনা য়ামনা যাদা থস্মোইখি চাকখি ॥১৯॥ বাসুকিনা থস্মোইদা থোইদোক্লনা অম্বাবা দুখশখীবা লোকখি। থস্মোই তনিক তনিক জাক্তুনা

দহ্যন্তেঽঙ্গানি মে ভদ্রে। ন দিশঃ প্রতিভান্তি চ। সীদামীব চ সন্মোহাদ্‌ঘূর্ণতীব চ মে মনঃ ॥২১॥
দৃষ্টির্ভ্রমতি মেঽতীব হৃদয়ং দীর্য্যতীব চ। পতিতাস্ম্যবশান্মন্যে তস্মিন্ দীপ্তে বিভাবসৌ ॥২২॥
পারীক্ষিতস্য যজ্ঞোঽসৌ বর্ত্ততেঽস্মজ্জিঘাংসয়া। ব্যক্তং মমাপি গন্তব্যং প্রেতরাজনিবেশনম্ ॥২৩॥
অয়ং স কালঃ সম্প্রাপ্তো যদর্থমসি মে স্বসঃ। জরৎকারৌ ময়া দত্তা ত্রায়স্বাস্মান্ সবান্ধবান্ ॥২৪॥
আস্তীকঃ কিল যজ্ঞং তং বর্ত্তন্তং ভুজগোত্তমে। প্রতিষেৎস্যতি মাং পূর্ব্বং স্বয়মাহ পিতামহঃ ॥২৫॥
তদ্বৎসে। ব্রূহি বৎসং স্বং কুমারং বৃদ্ধসম্মতম্। মমাদ্য ত্বং সভৃত্যস্য মোক্ষার্থং বেদবিত্তমম্ ॥২৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি আস্তীকে
বাসুকিবাক্যং নাম অষ্টচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ।০॥ *

—:(০):—

মচন মুপী জরৎকারুদা অমুম হায়খি ॥ ২০ ॥ ইবেম্মা। ঐগী হকচাং কায়াৎ পুম্বা চাকলে মায়কৈ সলাই খংন্ত্রে, জ্ঞান তাদবদগী হকচাং পুম্বা চোকথখ্রে, পুক্লিং অসি কোয়রৈ লৈখ্রে ॥২১॥ ঐগী মিৎ অনিসি কোয়রৈ লৈখ্রে, খম্মোয় অসি থিজ্জাইবগুম তৌরে। চাকলবা মৈনুংদা ঐস্মু ৬সি শোয়দনা মতারনি হায়না খল্লে ॥ ২২ ॥ পরীক্ষিৎকী মচা নিপানা তৌরিবা যজ্ঞ অসে ঐখোয় পুম্ববু হাৎনিংবদগীনি। ঐস্মু শোয়দনা যমালয় তাম চৎপা তারি ॥ ২৩॥ ইবেম্মা! জরৎকারু মুনিদা ঐনা নংবু পীখিবদুগী কাম্নবা মরমদো ৬সি থোকলে অদুনা শাগে নাতৈগা লোয়ননা· ঐখোযবু অমুক্তা কল্লু ॥ ২৪ ॥ হে লিল শাগৈপী অথোইবী! অসিগুম্বা যজ্ঞনা হেক তৌরকলবদি নচা আস্তীকনা যজ্ঞ অসি খিংগনি হায়না মমাংঙৈদা ব্রাহ্মনা মশামক্না তাকপিখি ॥২৫॥ মরম অদুনা ইবেম্মা! ঐবু ইনাই ইশন খন্নসিগা লোইননা কম্নবা নচা নিপা আস্তীকতা খর হায়রু। নহা ওইরবসু 'বেদ খংবগী মম্নক্না অথোইবা ওইরবা, জ্ঞান লৈরবা অহনগা অম্না ওইরবা নচানি ॥ ২৬ ॥

মসিনা শ্লোক লিশিং চামনা, থল্লবা শ্রীব্যাসনা লেংবা শ্রীমহাভারতকী অহানবা পর্ব্বগী
আস্তীককী জনমেজয় সর্পসত্র কৌবা নিফুনিপাল শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

—(০)—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব—আস্তীকে আস্তীকগমনং

(নিষ্ক্রমাপন শুবা অধ্যায়)

—:০:—

সৌতিরুবাচ।

তত আহুয় পুত্রং স্বং জরৎকারুর্ভুজঙ্গমা। বাসুকের্নাগরাজস্য বচনাদিদমব্রবীৎ ॥১॥

অহং তব পিতুঃ পুত্র! ভ্রাত্রা দত্তা নিমিত্ততঃ। কালঃ স চায়ং সম্প্রাপ্তস্তৎ কুরুষ্ব যথাতথম্ ॥২॥

আস্তীক উবাচ।

কিং নিমিত্তং মম পিতুর্দত্তা ত্বং মাতুলেন মে। তন্মামাচক্ষ্ব তত্ত্বেন শ্রুত্বা কর্ত্তাস্মি তত্তথা ॥৩॥

সৌতিরুবাচ।

তত আচষ্টে সা তস্মৈ বান্ধবানাং হিতৈষিণী। ভগিনী নাগরাজস্য জরৎকারুরবিক্লবা ॥৪॥

জরৎকারুরুবাচ।

পন্নগানামশেষাণাং মাতা কদ্রুরিতি শ্রুতা। তয়া শপ্তা রুষিতয়া সুতা যস্মান্নিবোধ তৎ ॥৫॥

উচ্চৈঃশ্রবাঃ স সোঽশ্বরাজো যন্মিথ্যা ন কৃতো মম। বিনতার্থায় পণিতে দাসীভাবায় পুত্রকাঃ ॥৬॥

জনমেজয়স্য বো যজ্ঞে ধক্ষ্যত্যনিলসারথিঃ। তত্র পঞ্চত্বমাপন্নাঃ প্রেতলোকং গমিষ্যথ ॥৭॥

---

লিল নিংঙোল জরৎকারুনা মচানিপা আস্তীকপু কৌরগা লিল নিংথৌ বাসুকিনা হায়বা মতুং ইন্না ব্রা অসি মচাদা হায়খি ॥ ১ ॥ ইবুংঙো! ঐগী ইবুং বাসুকিনা ইমাবু নংগী নপা (জরৎকারু)দা করিগুম্বা কান্নবা মরম অমগীদমক লুহোংহনা পীখিবনি। মাদো ঙসিদি থোকলরে, অদুনা মাহুগী মতিকচাবা থবকতো তৌরো ইবুংঙো ॥ ২ ॥ আস্তীকনা হায়— করি মরমগী ঐগী মাম বাসুকিনা ইপাদা নংবু পীখিবনো? মমুংগী বা পুম্বগা লোয়ননা ঐঙোন্দা হায়বিয়ু, মাহু তাব্রগা হৌনবা তৌগে ॥ ৪ ॥

সৌতিনা হায়:— অদুদগী শাগে নাতৈগী কান্নবতা থল্লবী লিল নিংথৌগী মচনুপী জরৎকারুনা অহা অহাদনা মচা আস্তীকতা হায়খি ॥৪॥ জরৎকারুনা হায়:— ঐখোয় লিল পুম্নমক্কী ইমাদি মমাং-ঙৈদা কদ্রু হায়বী নুপী অমা লৈরম্মি হায়নৈ। মানা শাওদুনা মচাশিংদা শাপ তৌখিবাদো তাও তম্লগে ॥৫॥ কদ্রুনা শুম হায়না মচাশিংদা শাপ তৌখি :— ইচাশা! নখোয়না সগোল পুম্নমক্কী নিংথৌ অঙৌবা উচ্চৈঃশ্রবাবু, ঐগী লোম্নবী বিনতাবু মিনাই ওইহনগে হায়বগীদমক ভোদে হায়না মিনমু হায়বা য়াজববিনা হয়েং মতম অমদা নশোয় পুম্বা জনমেজয়গী লিলগী যজ্ঞদা মৈনা লোয়না চাকথোক্নমু

তাঞ্চ শপ্তবতীং দেবঃ সাক্ষাল্লোকপিতামহঃ । এবমস্ত্বিতি তদ্বাক্যং প্রোবাচানুমুমোদ চ ॥৮॥

বাসুকিশ্চাপি তচ্ছ্রুত্বা পিতামহবচস্তদা । অমৃতে মথিতে তাত ! দেবান্ শরণমীয়িবান্ ॥৯॥

সিদ্ধার্থাশ্চ সুরাঃ সর্ব্বে প্রাপ্যামৃতমনুত্তমম্ । ভ্রাতরং মে পুরস্কৃত্য পিতামহমুপাগমন্ ॥১০॥

তে তং প্রসাদয়ামাসুঃ সুরাঃ সার্ব্বং হ্যসম্ভবম্ । রাজ্ঞা বাসুকিনা সার্দ্ধং শাপোঽসৌ ন ভবেদিতি ॥১১॥

দেবা উচু ।

বাসুকির্নাগরাজোঽয়ং দুঃখিতো জ্ঞাতিকারণাৎ । অভিশাপঃ স মাতুস্তু ভগবন্ ! ন ভবেৎ কথম্ ॥১২॥

জরৎকারুর্জরৎকারুং যাং ভার্য্যাং সমবাপ্স্যতি । তত্র জাতো দ্বিজঃ শাপান্মোক্ষয়িষ্যতি পন্নগান্ ॥১৩॥

এতচ্ছ্রুত্বা তু বচনং বাসুকিঃ পন্নগোত্তমঃ । প্রাদান্মামমরপ্রখ্য ! তব পিত্রে মহাত্মনে ॥ ১৪॥

প্রাগেবানাগতে কালে তস্মাত্ত্বং ময্যজায়থাঃ । অয়ং স কালঃ সম্প্রাপ্তো ভয়ান্নস্ত্রাতুমর্হসি ।

ভ্রাতরঞ্চাপি মে তস্মাত্ত্রাতুমর্হসি পাবকাৎ ॥১৫॥

ন মোঘং তু কৃতং তৎ স্যাদ্ যদহং তব ধীমতে । পিত্রে দত্তা বিমোক্ষার্থং কথং বা পুত্র ! মন্যসে ॥১৬॥

সৌতিরুবাচ ।

এবমুক্তস্তথেত্যুক্ত্বা সাস্তীকো মাতরং তদা । অব্রবীদ্দুঃখসন্তপ্তং বাসুকিং জীবয়ন্নিব ॥১৭॥

অহং ত্বাং মোক্ষয়িষ্যামি বাসুকে ! পন্নগোত্তম ! । তস্মাচ্ছাপান্মহাসত্ত্ব ! সত্যমেতদ্ব্রবীমি তে ॥১৮॥

---

মফম অদুদা নখোয পুম্বা প্রেতলোকতা চৎপা ওইয়ু ॥৬-৭॥ মচাশিংস্ব অসুম্না শাপ তৌরবী কদ্রুদা লোক পুম্বগী পিতামহ ওইরবা ব্রহ্মা নশামক্লা "অদুমমক ওইবসম্ন" হুম হায়না হায়খি অদুগা কদ্রুগী ব্রা অদবুসু যবে অদু মভাইরে হায়না যাবে ॥৮॥ ব্রহ্মাগী ব্রা তাবদা বাসুকিসু সমুদ্র নৈরবা মতুংদা দেবতাশিংগী আশ্রয় লৌহনা লৈখি ॥৯॥ ফংঙমদ্রবা অমৃত ফংলদুনা নিংবা পুম্বা থুংলবদুদা লাইয়াম খিবিক্লা ঐগী ইবুং বাসুকিসিবু মাংথানা পুরদুনা পিতামহ ব্রহ্মাগী মফম তাম্না চৎলি ॥১০॥ লিল নিংথৌ বাসুকিগা লোযননা চত্তুনা লাইয়াম খিবিকনা শাপ অদু মহৈ যান্দনবা ব্রহ্মাবু স্তুতিনচিংবনা পেলহল্লম্মি ॥১১॥ লাইযাম্না ব্রহ্মাদা হায়রম্মি— লিল পুম্বগী নিংথৌ বাসুকি অসে শাগৈপুম্বা মাংল-গনি হাযদুনা য়াম্না ব্রাজরে অদুনা করম তৌবে হায়রগা মমাগী শাপ অসে থুংলোইদগে ? ॥ ১২ ॥ ব্রহ্মানা হায়— জরৎকারু মুনিনা জরৎকারু কৌবী অমা মাগী ভার্য্যা ওইনা লৌগনি, মখোয়দা পোকলবা মচা ব্রাহ্মণ মচা অমনা লিলশিংবু মমাগী শাপতগী কল্লগনি ॥১৩॥

অদুনা লাইগা মামরবা ইবুঙো ! ব্রাহ্মাগী ব্রা অসি তাবদগী ইবুং বাসুকিনা মহাত্মা ওইরবা নপা জরৎকারুদা ঐবু বিবাহ তৌদুনা পীখিবনি ॥ ১৪ ॥ জনমেজযগী সর্পসত্র অসি তৌদ্রিঙৈগী মমাংদা নংনা ইমাদা পোক্লরবনি ইবুংঙো। মতম অদো ভসি থোকলে, ঐখোয়বু অকিবসিদগী কল্লু। ঐগী ইবুং নংগী মাম বাসুকিমকপুসু মৈসুংদগী কল্লু ইবুংঙো ॥ ১৫ ॥ ব্রাখল নৈরবা ইবুঙো! লিল পুম্বা কলমনবগীদমক ঐবু নপাদা পীখিবদো থক অমেথদা মাংবা যারোই। মাসিদা নংনা কন্নি খনবগে জায় ॥ ১৬ ॥ সৌতিনা হায়— মমানা অসুম হায়রবদা আস্তীকনা "করে মাত্রমক তৌগনি" হায়না মমাদা হায়খি। অদুবা সু শাথীবা লোইরবা বাসুকিদা হিংহল্লগে হায়বগী মতৌঙম ব্রা অসি হায়খি ॥ ১৭ ॥ লিল অথোইবা কল্লবা হে বাসুকি ! ঐনা নংবু শাপ অদুদগী

ভব স্বস্থমনা নাগ ! ন হি বিদ্যতে ভয়ম্ । প্রযতিষ্যে তথা রাজন্ ! যথা শ্রেয়ো ভবিষ্যতি ॥১৯

ন মে বাগনৃতং প্রাহ স্বৈরেষ্বপি কুতোঽন্যথা । তং বৈ নৃপবরং গত্বা দীক্ষিতং জনমেজয়ম্ ॥২০॥

বাগ ভির্মঙ্গলযুক্তাভিস্তোষয়িষ্যেঽদ্য মাতুল । যথা স যজ্ঞো নৃপতের্নিবর্ত্তিষ্যতি সত্তম । ॥২১॥

স সম্ভাবয় নাগেন্দ্র ! ময়ি সর্ব্বং মহামতে । ন তে ময়ি মনো জাতু মিথ্যা ভবিতুমর্হতি ॥২২॥

বাসুকিরুবাচ ।

আস্তীক ! পরিঘূর্ণামি হৃদয়ং মে বিদীর্য্যতে । দিশো ন প্রতিজানামি ব্রহ্মদণ্ডনিপীড়িতঃ ॥২৩॥

আস্তীক উবাচ ।

ন সন্তাপস্ত্বয়া কার্য্যঃ কথঞ্চিৎ পন্নগোত্তম । প্রদীপ্তাগ্নেঃ সমুৎপন্নং নাশয়িষ্যামি তে ভয়ম্ ॥২৪॥

ব্রহ্মদণ্ডং মহাঘোরং কালাগ্নিসমতেজসম্ । নাশয়িষ্যামি মাঽত্র ত্বং ভয়ং কার্ষীঃ কথঞ্চন ॥২৫॥

সৌতিরুবাচ ।

ততঃ স বাসুকের্ঘোরমপনীয় মনোজ্বরম্ । আধায় চাত্মনোঽঙ্গেষু জগাম ত্বরিতো ভৃশম্ ॥২৬॥

জনমেজয়স্য তং যজ্ঞং সর্ব্বৈঃ সমুদিতং গুণৈঃ । মোক্ষায় ভুজগেন্দ্রাণামাস্তীকো দ্বিজসত্তমঃ ॥২৭॥

স গত্বাপশ্যদাস্তীকো যজ্ঞায়তনমুত্তমম্ । বৃতং সদস্যৈর্বহুভিঃ সূর্য্যবহ্নিসমপ্রভৈঃ ॥২৮॥

স তত্র বারিতো দ্বাস্থৈঃ প্রবিশন্ দ্বিজসত্তমঃ । অভিতুষ্টাব তং যজ্ঞং প্রবেশার্থী পরন্তপঃ ॥২৯॥

---

কনগনি । ঐনা হায়রিবসে অচুম্বনি ॥ ১৮ ॥ হে লিল নিংথৌ ! থুংত্তাইনা, নৈথোকপিয়ু । করিমত্তা কিক্কম লৈত্তে । ময়ামগী মঙ্গল ওইননবা ঐনা শোয়দনা হোৎনজগনি ॥ ১৯ ॥ চুম্নগী ৱারী ৱাতাই শাৱদসু ঐনা করিগুম্বদা মীনম্বা ঙাংসে অতুনদি অসিগুম্বা অরুবা থবকত্তা করম হায়না মিনম্বা ঙাংগনি ? অতুনা মাম ! সর্পসত্রদা দীক্ষা ফংখ্রবা নিংথৌ অথোইবা জনমেজয়গী মফমদা চৎলগা মঙ্গলস্তুতিনা তিন্নবা ৱাহৈনা মহাকপু পেলহল্লগনি । মতোন্দা যজ্ঞ অসি তোক্কনবা হায়রুগনি ॥২০-২১॥ হে লিল নিংথৌ, শিংলবা ! বিষয় পুম্বদা ঐগী ইফমদা থাজবিয়ু । করিগুম্বা মতমদা ঐত্তোন্দা মিনম্বনি হায়দুনা থক চিংনবিগনু ॥ ২২ ॥ বাসুকিনা হায়— আস্তীক ! ঐগী থম্মোয় অসে থিন-গাইথরে । কোক অসে পুমলৈ লৈখ্রে । ব্রাহ্মণগী দণ্ডনা ৱাবনা মাইকৈ সলাই থংদ্রে ॥ ২৩ ॥ আস্তীকনা হায়— হে লিল অথোইবা ! করিমত্তা ৱাক্কম থোকত্তে ; চাকলবা মৈনগী পোকপা অকিবদো ঐনা শোইদনা মাংহনগনি ॥ ২৪ ॥

কালগী মৈগা মান্নবা চাকনবা কিন্নবা ব্রহ্মদণ্ড অদো . ঐনা মাংহনগনি । করিমত্তা কিনিগনু ॥২৫॥ সৌতিনা হায়— অদুগী মতুংদা ব্রাহ্মণ অথোইবা আস্তীকনা বাসুকিগী পুক্নিংগী ৱাখল লৌথোক্লগা মাগী মশাগী মখোক পৃথদা পুদুনা অথোইবা লিল পুম্বনু কাননবগী মমক জনমেজয়গী গুণ পুম্বনা মিন্নবা যজ্ঞদা থুনা চংনা চৎখ্রে ॥ ২৬-২৭ ॥ আস্তীকনা সুমিৎ-মৈগী মতাংলগুম লংলবা সদস্য পুম্বনা কোয়শিন্দুনা লৈরিবা যজ্ঞগী মাঙল অমসু উখি ॥২৮॥ য়েকনবসু উবা, ব্রাহ্মণ অথোইবা আস্তীকনা চংগে হায়রগা থাক্কনবগী মমক যজ্ঞ অসুক থাগৎলে

স প্রাপ্য যজ্ঞায়তনং বরিষ্ঠং দ্বিজোত্তমঃ পুণ্যকৃতাং বরিষ্ঠঃ ।
তুষ্টাব রাজানমনন্তকীর্ত্তিম্ ঋত্বিক্‌সদস্যাংশ্চ তথৈব চাগ্নিম্ ॥৩০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
আস্তীকে আস্তীকগমনং নাম ঊনপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

হৌরকলে ॥২৯॥ ব্রাহ্মণ থিবক্কী অথোইবা, পুণ্যচেলবাশিংগী মক্লুংদা অহেনবা আস্তীকনা লিংখিজরবা যজ্ঞগী মফম য়োৎবদা, মিংচৎ চাওরবা নিংথৌগী, সদস্যশিং অদুগী অমশুং অগ্নিদেবতাগী স্তুতি তৌবা হৌরকলে ॥ ৩০ ॥

মসিদা শ্লোক লিশিং চামনা, থল্লবা শ্রীব্যাসনা লেংবা শ্রীমহাভারতকী অহানবা পর্ব্বগী আস্তীককী 'আস্তীকগমন' কৌবা নিফুমাপন শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব — আস্তীকে আস্তীককৃতস্তব

(য়াংখৈ শুবা অধ্যায়)

আস্তীক উবাচ ।

সোমস্য যজ্ঞো বরুণস্য যজ্ঞঃ প্রজাপতের্যজ্ঞ আসীৎ প্রয়াগে ।
তথা যজ্ঞোঽয়ং তব ভারতাগ্র্য ! পারীক্ষিত ! স্বস্তি নোঽস্তু প্রিয়েভ্যঃ ॥১॥
শক্রস্য যজ্ঞঃ শতসংখ্য উক্তস্তথাপরং তুল্যসংখ্যং শতং বৈ ।
তথা যজ্ঞোঽয়ং তব ভারতাগ্র্য ! পারীক্ষিত ! স্বস্তি নোঽস্তু প্রিয়েভ্যঃ ॥২॥

---

আস্তীকনা হায়— ভরতবংশগী অথোইবা হে মহারাজ জনমেজয়! অচুঙ্গৈ চন্দ্রনা, বরুণনা অমদি প্রজাপতিনা প্রয়াগতা লিংখৎখিবা যজ্ঞশিং অদুগা আঝানি মহারাজগী যজ্ঞ অসি, অদুনা ঐখোয়গী চানবাশিং পুক্কী মুঙল ওইসনু ॥ ১ ॥ ভরত শাখৈগী অথোইবা হে মহারাজ জনমেজয়! শুক্রাগা ইন্দ্রনা যজ্ঞ চামরক থমা তৌখি হায়বৈ, মাদুগী হেয়ো অমুক লিশিং তরা তৌরবগ, মহারাজগী যুগবিনা অমা, মসৈমনা তৌরে। অদুনা যজ্ঞ অসিনা ঐখোয়গী চানবশিং পুক্কী

যমস্য যজ্ঞো হরিমেধসশ্চ তথা যজ্ঞো রন্তিদেবস্য রাজ্ঞঃ।
তথা যজ্ঞোঽয়ং তব ভারতাগ্র্য! পারীক্ষিত! স্বস্তি নোঽস্তু প্রিয়েভ্যঃ ॥৩॥
গয়স্য যজ্ঞঃ শশবিন্দোশ্চ রাজ্ঞো যজ্ঞস্তথা বৈশ্রবণস্য রাজ্ঞঃ।
তথা যজ্ঞোঽয়ং তব ভারতাগ্র্য! পারীক্ষিত! স্বস্তি নোঽস্তু প্রিয়েভ্যঃ ॥৪॥
নৃগস্য যজ্ঞস্ত্বজমীঢ়স্য চাসীদ্যথা যজ্ঞো দাশরথেশ্চ রাজ্ঞঃ।
তথা যজ্ঞোঽয়ং তব ভারতাগ্র্য! পারীক্ষিত! স্বস্তি নোঽস্তু প্রিয়েভ্যঃ ॥৫॥
যজ্ঞঃ শ্রুতো দিবি দেবস্য সূনোর্যুধিষ্ঠিরস্যাজমীঢ়স্য রাজ্ঞঃ।
তথা যজ্ঞোঽয়ং তব ভারতাগ্র্য! পারীক্ষিত! স্বস্তি নোঽস্তু প্রিয়েভ্যঃ ॥৬॥
কৃষ্ণস্য যজ্ঞঃ সত্যবত্যাঃ সুতস্য স্বয়ঞ্চ কর্ম্ম প্রচকার যত্র।
তথা যজ্ঞোঽয়ং তব ভারতাগ্র্য! পারীক্ষিত! স্বস্তি নোঽস্তু প্রিয়েভ্যঃ ॥৭॥
ইমে চ তে সূর্য্যসমানবর্চ্চসঃ সমাসতে বৃত্রহণঃ ক্রতুং যথা।
নৈষাং জ্ঞাতুং বিদ্যতে জ্ঞানমদ্য দত্তং যেভ্যো ন প্রণশ্যেৎ কদাচিৎ ॥৮॥
ঋত্বিক সমো নাস্তি লোকেষু চৈব দ্বৈপায়নেনেতি বিনিশ্চিতং মে।
এতস্য শিষ্যা হি ক্ষিতিং সঞ্চরন্তি সর্ব্বর্ত্বিজঃ কর্ম্মসু স্বেষু দক্ষাঃ ॥৯॥

---

মঙ্গল পীবা ওইসনু ॥ ২ ॥ ভরত শাগেগী অথোইবা হে মহারাজ জনমেজয়! মমাংদৈদা যমনা, হরিমেধনা অমদি নিংথৌ রন্তিদেবনা তৌখিবা যজ্ঞশিং অদুগা মহারাজগীসিগা খেন্নবা লৈতে। অদুনা যজ্ঞ অসিনা ঐখোয়গী চাননবশিং পুম্বগী মঙ্গল পীবা ওইসনু ॥ ৩ ॥ ভরত শাগেগী অথোইবা হে মহারাজ জনমেজয়! মমাংদৈদা নিংথৌ গয়না শশবিন্দুনা অমদি কুবেরনা তৌখিবা যজ্ঞশিং অদুগা মহারাজগীসিগা অন্ধানি। অদুনা যজ্ঞ অসিনা ঐখোয়গী চান্নবশিং পুম্বগী মঙ্গল পীবা ওইসনু ॥ ৪ ॥

ভরত শাগে অথোইবা হে মহারাজ জনমেজয়! অদুদৈ নিংথৌ নৃগ অজমীঢ় অমদি রামচন্দ্রনা তৌখিবা যজ্ঞশিং অদুগা মহারাজগী সিগা খেন্নবা লৈতে। অদুনা যজ্ঞসিনা ঐখোয়গী চান্নবাশিং পুম্বদা মঙ্গল পীবিবা ওইসনু ॥৫॥ ভরত শাগেগী অথোইবা হে মহারাজ জনমেজয়! নোঙাখুত্রবা মহারাজ পাণ্ডুগী মচা যুধিষ্ঠিরগী অমদি নিংথৌ অজমীঢগী যজ্ঞস্ম তারে, যজ্ঞশিং অদুগা মহারাজগী সিগা অন্ধানি। অদুনা যজ্ঞসিনা ঐখোয়গী চান্নবশিং পুম্বদা মঙ্গল পীবা ওইসনু ॥৬॥ ভরত শাগেগী অথোইবা হে মহারাজ জনমেজয়! সত্যবতীগী মচা কৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদব্যাসনা মশামক্তা পুরোহিত ওইদুনা তৌখিবা যজ্ঞ অদুগা মহারাজগী সিগা করিমতা খেন্নবা লৈত্রে। অদুনা যজ্ঞ অসিনা ঐখোয় চান্নবা পুম্বদা মঙ্গল পীবিবা ওইসনু ॥ ৭ ॥ ইন্দ্রগী যজ্ঞদা বৃহস্পতিনা চিংবনা পুরোহিত ওইদুনা ফমখিবগুম জানদা সূর্য্যগা মান্নবা ঐখোয়গী জ্ঞানগী ভমথৈবু থংকম থোকত্রবা অহুগা মখোয়দা খুত্তিক্তং কচ্চবদা অরেম্বদা থক মাংত্রবা, মুনিঋষি মক্তনি যজ্ঞ ফমলিবসিং অসে ॥৮॥ মরোল অহুমদা বেদব্যাসগা মান্নবা যজ্ঞতৌবা দৈবা পুরোহিত অমা লৈত্রবনি হায়না মুম থংতি। মাগী মাগী যজ্ঞগী থবক্তা হৈশিংলবা মহাকী শিষ্যশিংবুদুনা পৃথিবীগী মথম পুম্বদা পুরোহিত ওইদুনা কোয়চং চৎলুনা লৈরি ॥ ৯ ॥

বিভাবসুশ্চিত্রভানুর্মহাত্মা হিরণ্যরেতা হুতভুক্ কৃষ্ণবর্ত্মা ।
প্রদক্ষিণাবর্ত্তশিখঃ প্রদীপ্তো হব্যং তবেদং হুতভুগ্ বষ্টি দেবঃ ॥১০॥
নেহ ত্বদন্যো বিদ্যতে জীবলোকে সমো নৃপঃ পালয়িতা প্রজানাম্ ।
ধৃত্যা চ তে প্রীতমনাঃ সদাহং ত্বং বা বরুণো ধর্ম্মরাজো যমো বা ॥১১॥
শক্রঃ সাক্ষাদ্বজ্রপাণির্যথেহ ত্রাতা লোকেঽস্মিংস্ত্বং তথেহ প্রজানাম্ ।
মতস্ত্বং নঃ পুরুষেন্দ্রেহ লোকে ন চ ত্বদন্যো ভূপতিরস্তি জন্তোঃ ॥১২॥
খট্বাঙ্গ-নাভাগ-দিলীপ-কল্প ! যযাতি-মান্ধাতৃ-সম-প্রভাব ! ।
আদিত্যতেজঃপ্রতিমানতেজা ভীষ্মো যথা রাজসি সুব্রতস্ত্বম্ ॥১৩॥
বাল্মীকিবত্তে নিভৃতং স্ববীর্য্যং বসিষ্ঠবত্তে নিয়তশ্চ কোপঃ ।
প্রভুত্বমিন্দ্রত্বসমং মতং মে দ্যুতিশ্চ নারায়ণবদ্বিভাতি ॥১৪॥
যমো যথা ধর্ম্মবিনিশ্চয়জ্ঞঃ কৃষ্ণো যথা সর্ব্বগুণোপপন্নঃ ।
শ্রিয়াং নিবাসোঽসি যথা বসূনাং নিধানভূতোঽসি তথা ক্রতূনাম্ ॥১৫॥
দম্ভোদ্ভবেনাসি সমো বলেন রামো যথা শাস্ত্রবিদস্ত্রবিচ্চ ।
ঔর্ব্বত্রিতাভ্যামসি তুল্যতেজা দুষ্প্রেক্ষণীয়োঽসি ভগীরথেন ॥১৬॥

---

নিংথিজববা মশেক মঙাম্না মাগী ওইরবা, শনাগী মতৌগুম লংলবা চেন্থরকপা মহীনসু মাগী ওইরবা, হোমগী সামগ্রী পূম্বা চাশিল্লিবা, অমুবা মৈথুনা মাগী লম্বী ওইনরিবা, অগ্নিদেবনা য়েৎলোইননা কোযরিবা মৈবীশিং পুদুনা মৈচাক ফনা মহারাজগী হোমগী সামগ্রী পূম্বা চাশিল্লি॥ ১০ ॥ সংসার অসিদা মহারাজগা মান্ননা প্রজা পালন তৌবা নিংথৌ অমতা লৈত্রে। মহারাজগী থাংহৈবা গুণ অসি উবদা থোইনা পেল্লে মহারাজদি বরুণ নত্রগা ধর্ম্মরাজ যমগা মান্নরে॥ ১১ ॥ স্বর্গলোকতা বজ্রপানি ইন্দ্র মশামক্না অহংগা মর্ত্ত্যলোক অসিদা মহারাজনা প্রজা পূম্বা ঙাক্লি। হে মীগী মপুংদা অথোইবা। মহারাজগা মান্ননা চাওরবা নিংথৌ অমতা হৌজিক লৈত্রি, মমাংঙৈদসু লৈখিদ্রি হায়না ঐনা খল্লে ॥১২॥ খট্বাঙ্গ নাভাগ অমদি দিলীপকা পান্দমনিঙাই ওইরবা। যযাতি মান্ধাতাগা মান্নবা কল্লবা হে রাজন্। সুমিৎকী মতৌগুম্বা তেজনা মহারাজগী ওইরিবনি, ভীষ্মগী মতৌগুম ব্রত কল্লবা অমদি ঋাশক চেৎপনি ॥১৩॥ বাল্মীকিগী মতৌগুম থুপ্না থম্লবা শক্তিনা মহারাজগী ওইরি। বশিষ্ঠগী মতৌগুম অশাওবগুম থিংহুনা থম্বা ঙম্লিবনি। ইন্দ্রগী থৌনাগুম্বা মহারাজগী থৌনানি, মশেক মঙানদা নারায়ণ মক্তী মশক্লি হায়না খল্লে ॥১৪॥ যমরাজগী মতৌগুম ধর্ম্ম খংলবা, কৃষ্ণগী মতৌগুম গুণপূম্বনা তিম্লবা বসুশিং (মাইকৈ ঙাকপা দেবতা নিপাল) গী মতৌগুম সম্পত্তি পূম্বগী তুংনফম অমদি যজ্ঞশিংগী তুংনফম ওইরিবা মহারাজনি ॥ ১৫ ॥

পাঙ্গলদা দম্ভোদ্ভব নিংথৌগা অক্নানি, পরশুরামগী মতৌগুম শাস্ত্র-অস্ত্র অনিমক খংবনি। তেজদা ঔর্ব্ব অমদি ত্রিতমুনিগা অমতানি, লালখনবা অমতোম্না অমনা মাইয়োকনবদা যারবা ভগীরথ গুম্বনি ॥১৬॥

সৌতিরুবাচ।

এবং স্তুতাঃ সর্ব এব প্রসন্না রাজা সদস্যা ঋত্বিজো হব্যবাহঃ।
তেষাং দৃষ্ট্বা ভাবিতানীঙ্গিতানি প্রোবাচ রাজা জনমেজয়োঽথ ॥১৭॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
আস্তীকে আস্তীককৃতস্তবো নাম পঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ ॥৫০॥

---

সৌতিনা হায় ঃ—আস্তীকনা অসুম হায়না স্তুতি তৌরবদা সদস্যশিংনা, পুরোহিত মরামনা অমদি অগ্নি দেবতামক্তা পেনবা অমদি মখোয়গী ইঙ্গিৎ উবদা নিংথৌ জনমেজয়না হায়রকই ॥১৭॥

মসিদা শ্লোক লিশিং চামনা পাবা শ্রীব্যাসনা লেংবা মহাভারতকী অহানবা পর্ব্বগী আস্তীককী আস্তীককৃতস্তব কৌবা য়াংখৈ শুবা অধ্যায় লোয়রে।

---

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব—আস্তীকবরপ্রার্থনম্

(য়াংখৈমাথোই শুবা অধ্যায়)

---

জনমেজয় উবাচ।

বালো বাক্যং স্থবির ইব প্রভাষতে নায়ং বালঃ স্থবিরোঽয়ং মতো মে।
ইচ্ছাম্যহং বরমস্মৈ প্রদাতুং তন্মে বিপ্রাঃ! সংবিদধ্বং যথাবৎ ॥১॥
বালোঽপি বিপ্রো মান্য এবেহ রাজ্ঞাং যশ্চাবিদ্বান্ যশ্চ বিদ্বান্ যথাবৎ।
সর্ব্বান্ কামাংস্তস্য এবার্হতেঽদ্য যথা চ নস্তক্ষক এতি শীঘ্রম্ ॥২॥

সৌতিরুবাচ।

ব্যাহর্ত্তুকামে বরদে নৃপে দ্বিজং বরং বৃণীষ্বেতি ততোঽভ্যুবাচ।
হোতা বাক্যং নাতিহৃষ্টান্তরাত্মা কর্ম্মণ্যস্মিংস্তক্ষকো নৈতি তাবৎ ॥৩॥

---

জনমেজয়না হায়—অঙাং অসে অহলগুম ঙাংলি, ঐনা নিংবদি মসি অঙাং নত্তে অহলনি। মসিগী ঙাংবা অসি ঐ পীনিংঙি, অমনা ব্রাহ্মণ পুমনমক! ঐখোয়না মসিবু থাজবা য়াবা অমা থিদুনা পীজরকো ॥১॥ সভ্যশিংনা হায়রকই—অঙাং ওইরবসু লাইরিক তৈরবসু তৈরবদসু ব্রাহ্মণবু নিংথৌনা য়াম্না ইকায় খুম্নজগদবনি। মসিনা নীরবা পুম্বা ঙাকতনবা মতিক চাই। অদুবা অনকপ্তমি খুনা য়াম্না থুনা লাকহনবা তৌগদবনি ॥২॥ সৌতিনা হায়—"বর পীজিন ব্রাহ্মণ মচা!" হায়না খনবা মতমদা

জনমেজয় উবাচ।

যথা চেদং কর্ম্ম সমাপ্যতে মে যথা চ বৈ তক্ষক এতি শীঘ্রম্।
তথা ভবন্তঃ প্রযতন্তু সর্ব্বে পরং শক্ত্যা স হি মে বিদ্বিষাণঃ ॥৪॥

ঋত্বিজ ঊচুঃ।

যথা শাস্ত্রাণি নঃ প্রাহুর্যথা শংসতি পাবকঃ। ইন্দ্রস্য ভবনে রাজন্! তক্ষকো ভয়পীড়িতঃ ॥৫॥

যথা সূতো লোহিতাক্ষো মহাত্মা পৌরাণিকো বেদিতবান্ পুরস্তাৎ।
স রাজানং প্রাহ পৃষ্টস্তদানীং যথাহুর্বিপ্রাস্তদ্বদেতন্নৃদেব! ॥৬॥
পুরাণমাগম্য ততো ব্রবীম্যহং দত্তং তস্মৈ বরমিন্দ্রেণ রাজন্!।
বসেহ ত্বং মৎসকাশে সুগুপ্তো ন পাবকস্ত্বাং প্রদহিষ্যতীতি ॥৭॥
এতচ্ছ্রুত্বা দীক্ষিতস্তপ্যমান আস্তে হোতারং চোদয়ন্ কর্ম্মকালে।
হোতা চ যত্তোঽস্যাজুহাব মন্ত্রৈরথো মহেন্দ্রঃ স্বয়মাজগাম ॥৮॥
বিমানমারুহ্য মহানুভাবঃ সর্ব্বৈর্দেবৈঃ পরিসংস্তূয়মানঃ।
বলাহকৈশ্চাপ্যনুগম্যমানো বিদ্যাধরৈশ্চাপ্সরসাং গণৈশ্চ ॥৯॥
তস্যোত্তরীয়ে নিহিতঃ স নাগো ভয়োদ্বিগ্নঃ শর্ম্ম নৈবাভ্যগচ্ছৎ।
ততো রাজা মন্ত্রবিদোঽব্রবীৎ পুনঃ ক্রুদ্ধো বাক্যং তক্ষকস্যান্তমিচ্ছন্ ॥১০॥

---

বর পীনিংলবা নিংথৌনা ব্রাহ্মণ অহদা হেক হায়গে তৌবদা হোম তৌরিবা চণ্ডভার্গব কৌবা ব্রাহ্মণনা হায়—"তক্ষকতি লাকত্রিদে মহারাজ" ॥৩॥
জনমেজয়না হায়—ঐনা তৌরিবা থবকসিং মপুং ফাননবা ময়ামনা হোৎনবিয়ু। তক্ষকতা থুনা লাকননবা ময়ামনা অঙম্বা শক্তিনা হোৎনবিয়ো, মাদনি ঐগী য়েক্নবা ॥৪॥ পুরোহিতশিংনা হায়—মহারাজ! শাস্ত্রনা হায়বা প্রমাণগী মতুং ইন্না মৈরাগী থুদম্না করি তাকপগে হায়ববু তক্ষক অসি কিবনা ইন্দ্রগী ময়ুমদা লোত্তুনা লৈরে ॥৫॥ পুরাণ শাস্ত্র হৈরবা মমিৎ ভাংলপ তৌরবা মহাত্মা সূতনা মমাংঙৈদা হান্না থংখ্রবা অদো, নিংথৌনা হংলবা মতমদা মহাক্না নিংথৌদা হায়—"মহারাজ! ব্রাহ্মণশিংনা হায়রিবসে অচুম্বামক্নি" ॥৬॥

পুরাণ শাস্ত্রগী ইরিবা অহংগী প্রমাণ মতুং ইন্না হায়জরি মহারাজ:—তক্ষকতা ইন্দ্রনা অসুম হায়না বর পিখ্রে, "তক্ষক! নং ঐগীসিদা তুমিন্না থুগ্রুনা লৈয়ু। মৈনা নংবু করিস্থু চাকপা ঙমলোই" ॥৭॥ মসি তাবদা যজ্ঞদা দীক্ষা লৌখ্রবা মহারাজ জনমেজয়না হোম তৌরিবা চণ্ডভার্গবদা তক্ষকপু নমহুনা কৌরগা পূর্ণাহুতি তৌননবা হায়জরম্মি। হোতা অদুমক মন্ত্রগী পাঙম্না ইন্দ্রবু কৌই, অদুগা ইন্দ্রসু মহাকপু মহাগী মাইকৈরোমদা লাকখি। দেবতা পুমনমক্না স্তুতি তৌরদুনা বিদ্যাধর অপ্সরা শিংগা তুইলনা পুকচেল চাওরবা ইন্দ্রবি রথ অপাইবী মথক্তা তোংদুনা লাকলে। ॥৮-৯॥ তক্ষক অদু ইন্দ্রনা মাহাকী ইনফীদা তুমিন্না কোন্দুনা লৈরবসু পুক্নিং কাইদি হায়ববু কিবনা

জনমেজয় উবাচ।

ইন্দ্রস্য ভবনে বিপ্রাঃ! যদি নাগঃ স তক্ষকঃ। তমিন্দ্রেণৈব সহিতং পাতয়ধ্বং বিভাবসৌ ॥১১॥

সৌতিরুবাচ।

জনমেজয়েন রাজ্ঞা তু নোদিতস্তক্ষকং প্রতি। হোতা জুহাব তত্রস্থং তক্ষকং পন্নগং তথা ॥১২॥

হূয়মানে তথা চৈব তক্ষকঃ সপুরন্দরঃ। আকাশে দদৃশে চৈব ক্ষণেন ব্যথিতস্তদা ॥১৩॥

পুরন্দরস্তু তং যজ্ঞং দৃষ্ট্বোরু ভয়মাবিশৎ। হিত্বা তু তক্ষকং ত্রস্তঃ স্বমেব ভবনং যযৌ ॥১৪॥

ইন্দ্রে গতে তু রাজেন্দ্র! তক্ষকো ভয়মোহিতঃ। মন্ত্রশক্ত্যা পাবকার্চ্চিঃ সমীপমবশো গতঃ ॥১৫॥

ঋত্বিজ উচুঃ।

অয়মায়াতি তূর্ণং স তক্ষকস্তে বশং নৃপ! শ্রূয়তেঽস্য মহান্নাদো নদতো ভৈরবং রবম্ ॥ ১৬ ॥

নূনং মুক্তো বজ্রভৃতা স নাগো ভ্রষ্টো নাকান্মন্ত্রবিস্রস্তকায়ঃ।

ঘূর্ণন্নাকাশে নষ্টসংজ্ঞোঽভ্যুপৈতি তীব্রান্ নিশ্বাসান্ নিশ্বসন্ পন্নগেন্দ্রঃ ॥১৭॥

বর্ত্ততে তব রাজেন্দ্র! কর্মৈতদ্বিধিবৎ প্রভো!। অস্মৈ তু দ্বিজমুখ্যায় বরং ত্বং দাতুমর্হসি ॥১৮॥

জনমেজয় উবাচ।

বালাভিরূপস্য তবাপ্রমেয়-বরং প্রযচ্ছামি যথানুরূপম্।

বৃণীষ্ব যত্তেঽভিমতং হৃদি স্থিতং তত্তে প্রদাস্যাম্যপি চেদদেয়ম্ ॥১৯॥

সৌতিরুবাচ।

পতিষ্যমাণে নাগেন্দ্রে তক্ষকে জাতবেদসি। ইদমন্তরমিত্যেবং তদাস্তীকোঽভ্যচোদয়ৎ ॥২০॥

---

থক থক নিক্তুনা মপুক্লিংদা করিমতা শান্তি লৈরমদে শাওরবা নিংথৌনা মন্ত্র হৈরবা ব্রাহ্মণ পুরোহিত শিংদা খুদক্তা তক্ষকপু মাংহনিংবনা হায়রমমি ॥১০॥ জনমেজয়না হায —করিগুম্বা ইন্দ্রগী ময়ুমদা তক্ষক হাযবা লিল লৈবা থোক্লবদি মহাকপু ইন্দ্রমকতুগা লোয়ননা মৈনুংদা লংথবিরো ॥১১॥

সৌতিনা হায়—জনমেজয় নিংথৌনা অস্মম হায়রবদা তক্ষক তমদুনা হোতানা (হোম তৌরিবা চণ্ডভার্গবনা) হোম তৌবা হৌরকলে ॥১২॥ হোম হেক তৌবা হৌগৎলকপদা ইন্দ্রগা লোয়ননা ৱারবা তক্ষক অদু অতিয়াদা পাইদুনা লাকপা উরে ॥১৩॥ ইন্দ্রনা যজ্ঞ অদু উবদা ওস্থোকনা য়াথনা কিরে, তক্ষকপু থাদোকলমলগা কিমনখ্রদুনা মযুম তান্না চেনখ্রে ॥১৪॥ ইন্দ্রনা চৎখ্রবদা কিবনা ভ্রান তাত্রবা তক্ষক অদু মন্ত্রগী শক্তিনা যজ্ঞকুণ্ডগী মৈনাক তমনা তৌফম থংদনা লাকলি ॥১৫॥ পুরোহিতশিংনা হায়রকই —মহারাজ। মহারাজগী মথাদোল্লদুনা তক্ষক অসে থুনা য়াংনা লাকলে। অকিবগী মশক কংলবা মাগী চাওরবা খোঞ্জেল তারে ॥১৬॥ ইন্দ্রনা শোয়দনা থাদোকপিরমলরিনি, অদুনা স্বর্গদগী নাম্থদুনা তারকলবনি, মন্ত্রগী শক্তিনা মাগী মশাপুম্বা থক থক নিকখ্রে, অদুগা ভ্রান য়াওত্রে। লিল অথোইবা তক্ষক অসে মুংশা মপী থবেৎ থবেৎ হোৎলদুনা অতিয়াদা লৈন্না লৈনা লাকখি ॥১৭॥

মহারাজ! হৌজিক্তি শাস্ত্রবিধি কায়দনা থবক পাংথোক্লবনিনা ব্রাহ্মণ অথোইবসিদা বরদান তৌবিবা য়াত্রে ॥ ১৮ ॥ জনমেজয়না আস্তীকতা হায় — নিপা মচা! নং মতিক চারবা মৈরবা পণ্ডিতনি; অদুনা নত্তোন্দা মতিক চাবা বর পীরগনি নংগী থম্মোরদা লৈরিবা হায়নিংবা অপাবা অদু হায়রু, পিকম থোকতবা কাওবা পিগে হায়, ॥১৯॥ সৌতিনা হায়— অমম্মনা মৈদুদো

আস্তীক উবাচ ।

বরং দদাসি চেন্মহ্যং বৃণোমি জনমেজয় ! । সত্রং তে বিরমত্বেতন্ন পতেয়ুরিহোরগাঃ ॥২১॥

এবমুক্তস্তদা তেন ব্রহ্মন্ ! পারীক্ষিতস্তু সঃ । নাতিহৃষ্টমনাশ্চেদমাস্তীকং বাক্যমব্রবীৎ ॥২২॥

সুবর্ণং রজতং গাশ্চ যচ্চান্যন্মন্যসে বিভো ! । তত্তে দদ্যাং বরং বিপ্র ! ন নিবর্ত্তেৎ ক্রতুর্মম ॥২৩॥

আস্তীক উবাচ ।

সুবর্ণং রজতং গাশ্চ ন ত্বাং রাজন্ ! বৃণোম্যহম্ । সত্রং তে বিরমত্বেতৎ স্বস্তি মাতৃকুলস্য নঃ ॥২৪॥

সৌতিরুবাচ ।

আস্তীকেনৈবমুক্তস্তু রাজা পারীক্ষিতস্তদা । পুনঃ পুনরুবাচেদমাস্তীকং বদতাং বরঃ ॥২৫॥

অন্যং বরয় ভদ্রং বরং দ্বিজবরোত্তম ! অযাচত ন চাপ্যন্যং বরং স ভৃগুনন্দন ! ॥২৬॥

ততো বেদবিদস্তাত ! সদস্যাঃ সর্ব্ব এব তম্ । রাজানমূচুঃ সহিতা লভতাং ব্রাহ্মণো বরম্ ॥২৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

আস্তীকে আস্তীকবরপ্রার্থনং নাম একপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ ॥৫০॥

—০**০—

---

তারক্কদবগী তৌরবা কান্দা তাঞ্জা সিমক বর নীবা মতমনি থল্লহনা আস্তীকনা জনমেজয় মহারাজদা হায়রকই ॥ ২০ ॥ আস্তীকনা হায়রকই— হে নিংথৌ জনমেজয় ! ঐভোন্দা বর পিবিগে হায়রবদি হৌজিকমক থুদক্তা যজ্ঞ লেপ্লিরো, হৌজিক লিল অমতা মৈনুংদা তাহনবিরনু ॥২১॥ হে শৌনক ! অসুমনা হাযরবদা থোইদোকনা নুঙাইনা জনমেজয়না আস্তীকতা ব্রা অসি হায়রকই ॥ ২২ ॥ শনারা লুপারা শললা, হেক পাম্বদু হায়য়ু ব্রাহ্মণ, ঐ পীজগে । ঐগী যজ্ঞ অসিদি লেপফম থোকতে ।২৩॥ পামজদে মহারাজ ! মহারাজগী যজ্ঞ অসিদা লেপহনবিয়ু । মাসিতনি পামজবা ঐথোযগী মাতৃকুলগী মঙ্গল ওইসনু ॥ ২৪ ॥ সৌতিনা হায়— আস্তীকনা অসুম হায়রবদা ব্বাংং হৈরবা নিংথৌ জনমেজয়না হন্না হন্না ব্রা অহুমক হায়রজখি ॥ ২৫ ॥ "অতোপ্পা অমা নিযু হে ব্রাহ্মণ !" হ্সুম হায়না অমুক নিংথৌনা হায়রন্মি । অদুবু হে শৌনক ! আস্তীকনা মাদু নত্তবা বর অমত্তা নিংথৌগী মফমদা নিখিদ্রে ॥ ২৬ ॥ হে শৌনক ! অহদগীদি যজ্ঞ অদুগী সদস্যা ওইরিবা পুরোহিত ব্রাহ্মণ পুমনমকনা নিংথৌদা হাযবীখি "বর অসি ফংজখ্রসনু মহারাজ ! অহুমণ্ডাইরে ॥ ২৭ ॥

মাসিনা শ্লোক লিশিং চামনা, থলবা শ্রীব্যাসনা লেংবা মহাভারতকী অহানবা পর্ব্বগী "আস্তীকে আস্তীকবরপ্রার্থনং" কৌবা য়াথৈমাথোই শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

—:*:—

# শ্রীমহাভারতম্।

## আদি পর্ব— আস্তীকে সর্পনাম কথনম

(হ্যাংচৈথনিথোই শুমা অধ্যায়ঃ)

———:(*):———

শৌনক উবাচ।

যে সর্পাঃ সর্পসত্রেঽস্মিন্ পতিতা হব্যবাহনে। তেষাং নামানি সর্ব্বেষাং শ্রোতুমিচ্ছামি সূতজ! ॥১॥

সৌতিরুবাচ।

সহস্রাণি বহুন্যস্মিন্ প্রযুতান্যর্বুদানি চ। ন শক্যং পরিসংখ্যাতুং বহুত্বাদ্দ্বিজসত্তম ॥২॥

যথাস্মৃতি তু নামানি পন্নগানাং নিবোধ মে। উচ্যমানানি মুখ্যানাং হুতানাং জাতবেদসি ॥৩॥

বাসুকেঃ কুলজাতাংস্তু প্রাধান্যেন নিবোধ মে। নীলরক্তান্ সিতান্ ঘোরান্ মহাকায়ান্ বিষোল্বণান্ ॥৪॥

অবশান্ মাতৃবাগ্‌দণ্ডপীড়িতান্ কৃপণান্ হুতান্। কোটিশো মানসঃ পূর্ণঃ শলঃ পালো হলীমকঃ ॥৫॥

পিচ্ছলঃ কৌণপশ্চক্রঃ কালবেগঃ প্রকালনঃ। হিরণ্যবাহুঃ শরণঃ কক্ষকঃ কালদন্তকঃ। ৬॥

এতে বাসুকিজা নাগাঃ প্রবিষ্টা হব্যবাহনে। অন্যে চ বহবো বিপ্র ! তথা বৈ কুলসম্ভবাঃ ॥৭॥

প্রদীপ্তাগ্নৌ হুতাঃ সর্বে ঘোররূপা মহাবলাঃ। তক্ষকস্য কুলে জাতান্ প্রবক্ষ্যামি নিবোধ তান্ ॥৮॥

---

শৌনকনা হায়— হে সৌতি! জনমেজয়গী সর্পসত্র অসিদা মৈমুংদা চংখিবা লিল মখোয়গী মমিংশিং অদো তাজনিংজি ॥ ১ ॥

সৌতিনা হায়— যজ্ঞগী অগ্নিকুণ্ডদা চংহনা শিখিবা লিলশিং অহুদি লিশিং কয়া, অযুত কয়া অমদি অর্বুদ কয়া কয়ানো। হে ব্রাহ্মণ অখোইবা! মখোয়বু মশিংথিবা ঙম্মা নত্তে ॥ ২ ॥ অহুমকপু মৈমুংদা হোম তৌখ্রবা, হেক ঙমখৈ নিংশিংলিবা লিল শরগী মিংদি তাবিয়ু হায়রগে ॥৩॥ বাসুকিগী বংশদা পোকপা অশংবা, অঙাংবা, অঙৌবা, মশা চাওরবা, অকিবগী মশক ফংলবা, মহু কায়বা, মমাগী শাপনা ঋায়বা তৌনিংঙাই লৈতহনা মৈমুংদা চোংশিনখিবা লিশিং লিশিংনি অহবু মরা ওইবা লিল খরদি হায়রগে তাবিয়ু। মখোয়গী মথুংদা মানস, পূর্ণ, শল, পাল, হলীমক অসিনি ॥ ৪—৫ ॥ পিচ্ছল, কৌণপ, চক্র, কালবেগ, প্রকালন, হিরণ্যবহু, শরণ, কক্ষক, কালদন্তক···অসিনি ॥৬॥ হে শৌনক! হায়রিবাশিং অসে মৈমুংদা চংখিবা বাসুকিগী বংশদা পোকপা মরুনি। অদি মখোয়বা অতৈ অতৈ মাগী বংশদা পোকপা যাম্না লৈরি ॥৭॥ চাক্লবা মৈমীদা অকিবা ফংলবা, কায়বা, লিল কয়া হোম

পুচ্ছাণ্ডকো মণ্ডলকঃ পিণ্ডসেক্তা রভেণকঃ। উচ্ছিখঃ শরভো ভঙ্গো বিল্বতেজা বিরোহণঃ ॥৯॥
শিলী শলীরো মূকঃ সুকুমারঃ প্রবেপনঃ। মুদ্গরঃ শিশুরোমা চ সুরোমা চ মহাহনুঃ ॥১০॥
এতে তক্ষকজা নাগাঃ প্রবিষ্টা হব্যবাহনম্। পারাবতঃ পারিজাতঃ পাণ্ডরো হরিণঃ কৃশঃ ॥১১॥
বিহঙ্গঃ শরভো মেদঃ প্রমোদঃ সংহতাপনঃ। ঐরাবতকুলাদেতে প্রবিষ্টা হব্যবাহনম্ ॥ ১২ ॥
কৌরব্যকুলজান্ নাগান্ শৃণু মে ত্বং দ্বিজোত্তম! এরকঃ কুণ্ডলো বেণী বেণীস্কন্ধঃ কুমারকঃ ॥১৩॥
বাহুকঃ শৃঙ্গবেরশ্চ ধূর্ত্তকঃ প্রাতরাতকৌ। কৌরব্যকুলজাস্ত্বেতে প্রবিষ্টা হব্যবাহনম্ ॥১৪॥
ধৃতরাষ্ট্রকুলে জাতান্ শৃণু নাগান্ যথাতথম্। কীর্ত্ত্যমানান্ ময়া ব্রহ্মন্! বাতবেগান্ বিষোল্বণান্ ॥১৫॥
শঙ্কুকর্ণঃ পিঠরকঃ কুঠারমুখ-সেচকৌ। পূর্ণাঙ্গদঃ পূর্ণমুখঃ প্রহাসঃ শকুনির্দরিঃ ॥১৬॥
অমাহঠঃ কামঠকঃ সুষেণো মানসোঽব্যয়ঃ। অষ্টাবক্রঃ কোমলকঃ শ্বসনো মৌনবেপগঃ ॥১৭॥
ভৈরবো মুণ্ডবেদাঙ্গঃ পিশঙ্গশ্চোদপারকঃ। ঋষভো বেগবান্ নাগঃ পিণ্ডারক-মহাহনু ॥১৮॥
রক্তাঙ্গঃ সর্ব্বসারঙ্গঃ সমৃদ্ধ-পটবাসকৌ। বরাহকো বীরণকঃ সুচিত্রশ্চিত্রবেগিকঃ ॥১৯॥
পরাশরস্তরুণকো মণিঃ স্কন্ধস্তথারুণিঃ। ইতি নাগা ময়া ব্রহ্মন্! কীর্ত্তিতাঃ কীর্ত্তিবর্দ্ধনাঃ ॥২০॥
প্রাধান্যেন বহুত্বাত্তু ন সর্ব্বে পরিকীর্ত্তিতাঃ। এতেষাং প্রসবো যশ্চ প্রসবস্য চ সন্ততিঃ ॥২১॥

---

তৌথ্রবনি। তক্ষককী বংশদা পোকপা মিন্নশিং অচু হায়জগে তাবিয়ু ॥ ৮ ॥ পুচ্ছাণ্ডক, মণ্ডলক, পিণ্ডসেক্তা, রভেনক, উচ্ছিখ, শরভ, ভঙ্গ, বিল্বতেজ, বিরোহন অসিনি ॥৯॥ শিলী, শলী, কর, মূকঃ সুকুমার, প্রবেপন, মুদগর, শিশুরোমা, সুরোমা অমদি মহাহনু হায়বা মিন মরুনি ॥ ১০ ॥ হায়খিব্রা মিন অসি তক্ষকগী বংশদা পোকপা মৈনুংদা চংখ্রবা ঙাক্তনি, পারাবত, পারিজাত, পাণ্ডর, হরিণ, কৃশ, বিহঙ্গ, শরভ মেদ, প্রমোদ, সংহতাপন, হায়বা মখোয় অসিনা ঐরাবত কৌবা মিনগী শাগৈদা পোকপা মৈনুংদা চংখ্রবা ঙাক্তনি ॥১১—১২॥ কৌরব্য হায়বা মিন অদুগী বংশদা পোকপা মথৌ হায়গে তাও হে শৌনক! এরক, কুণ্ডল, বেনী, বেনীস্কন্ধ, কুমারক, বাহুক, শৃঙ্গবের, ধূর্ত্তক, প্রাত অমসুং রাত মখোয় অসিনা কৌরব্য হায়বা অদুগী বংশদা পোকপা মৈনুংদা চংখ্রবা ঙাক্তনি ॥১৩—১৪॥ হে শৌনক! ধৃতরাষ্ট্র কৌবা মিনগী বংশদা পোকপা শাফু কল্লবা অমসুং মহু কল্লবা শিংগী মিং হায়গে তাবিয়ু ॥ ১৫ ॥

শঙ্কুকর্ণ, পিঠারক, কুঠারমুখ, সেচক, পূর্ণাঙ্গদ, পূর্ণমুখ, প্রহাস, শকুনি, দরি, অমাহঠ, কামঠক, সুষেন, মানস, অব্যয়, অষ্টাবক্র, কোমলক, শ্বসন, মৌনবেপক, ভৈরব, মুণ্ডবেদাঙ্গ, পিশঙ্গ অমদি উদপারক, মাংলবা ঋষভ, পিণ্ডারক মহাহনু, রক্তাঙ্গ, সর্ব্বশারঙ্গ, সমৃদ্ধ, পটবাসক, বরাহক, বীরনক, সুচিত্র, চিত্রবেগিক, পরাশর, তরুনক, মনিস্কন্ধ অমসুং অরুনি মখোয় অসিনি। হে শৌনক! মিচেং চাওরবা মিনশিংগী মিং অসে হায়রবনি ॥১৬—২০॥ হায়রিবশিং অসি মকোক ওইবা ওইবডনি, মামলখিবদা লোইনা মশিং হায়জরবনি। মখোয় অসিগী মচাশিং, অমসুং মচাশিং অদুগীসু মচা

ন শক্যাং পরিসংখ্যাতুং যে দীপ্তং পাবকং গতাঃ। দ্বিশীর্ষাঃ পঞ্চশীর্ষাশ্চ সপ্তশীর্ষাস্তথাঽপরে ॥২২॥

দশশীর্ষাঃ শতশীর্ষাস্তথান্যে বহুশীর্ষকাঃ। কালানলবিষা ঘোরা হুতাঃ শতসহস্রশঃ ॥২৩॥

মহাকায়া মহাবেগাঃ শৈলশৃঙ্গসমুচ্ছ্রয়াঃ। যোজনায়ামবিস্তারা দ্বিযোজনসমায়তাঃ ॥২৪॥

কামরূপাঃ কামবলা দীপ্তানলবিষোল্বণাঃ। দগ্ধাস্তত্র মহাসত্রে ব্রহ্মদণ্ডনিপীড়িতাঃ ॥২৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি আস্তীকে

সর্পনামকথনং নাম দ্বিপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ ॥

——:•:——

---

মশুশিং য়াম্মা লৈরি ॥২১॥ মৈন্মুংদা চংখিবামখৈ শিংথাবা ওম্বা নত্তে। মকোক অনি লোংবা, মঙা লোংবা, তরেৎ লোংবা, তরা লোংবা, চামা লোংবা, অদুগা খরনা মকোক যাম্মা লোংবা, প্রলয়গী মৈগা মান্নরা মহূ কল্লবা, অকিবগী মশক ফংলবা লিল লিশিং লিশিং মৈন্মুংদা চাকখ্রবনি ॥২২—২৩॥ মশা চাওরবা, শাফু কল্লবা, চীংঙ্গম মতোলগুম য়াংলবা, য়ুথক অমা শাংবা, য়ুথক অনি শাংবা, ওন্নিংবা মশক ওনবা গুম্বা, খুদক্তা মপাঙ্গল পুথোকপা ঙম্বা, চাক্লবা মৈগী মতোংগুম মহূ কল্লবা, পুম্ননক অসে ব্রহ্মাগী শাপনা মহাযজ্ঞগী মৈন্মুংদা চাকখ্রবনি ॥২৪—২৫॥

মসিদা শ্লোক লিশিং চামনা, থল্লবা শ্রীব্যাসনা লেংবা শ্রীমহাভারতকী অহানবা পর্ব্বগী আস্তীকী সর্পনাম কথন কৌবা য়াথৈনিথোই শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

—•*)•—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব— আস্তীকে সর্পসত্রসমাপ্তির্নাম

( য়াংখৈহুমদোই শুবা অধ্যায় )

—(*)—

সৌতিরুবাচ।

ইদমত্যদ্ভুতং চান্যদাস্তীকস্যানুশুশ্রুম। তথা বরৈশ্ছন্দ্যমানে রাজ্ঞা পারীক্ষিতেন হি ॥১॥

---

সৌতিনা হায়—আস্তীকী অঙকপা থৌরোক অমা ঐখোয়না মমাংদৌ তাখ্রকুনি। নিংথৌ জনমেজয়না আস্তীকতা বর পীগদবগী হায়রকপা মতমদা তক্ষক অনি ইন্দ্রগী মখুত্তগী নাশ্রোক্তুনা অক্তিরবা

ইন্দ্রহস্তাচ্চ্যুতো নাগঃ খ এব যদতিষ্ঠত। ততশ্চিন্তাপরো রাজা বভূব জনমেজয়ঃ ॥২॥
হূয়মানে ভৃশং দীপ্তে বিধিবৎ পাবকে তদা। ন স্ম স প্রাপতদ্বহ্নৌ তক্ষকো ভয়পীড়িতঃ ॥৩॥

শৌনক উবাচ।

কিং সূত! তেষাং বিপ্রাণাং মন্ত্রগ্রামো মনীষিণাম্। ন প্রত্যভাত্তদাগ্নৌ যৎ স পপাত ন তক্ষকঃ ॥৪॥

সৌতিরুবাচ।

তমিন্দ্রহস্তাদ্বিস্রস্তং বিসংজ্ঞং পন্নগোত্তমম্। আস্তীকস্তিষ্ঠ তিষ্ঠেতি বাচস্তিস্রোঽভ্যুদৈরয়ৎ ॥৫॥
বিতস্থে সোঽন্তরীক্ষে চ হৃদয়েন বিদূয়তা। যথা তিষ্ঠতি বৈ কশ্চিৎ খঞ্চ গাঞ্চান্তরা নরঃ ॥৬॥
ততো রাজাব্রবীদ্বাক্যং সদস্যৈশ্চোদিতো ভৃশম্। কামমেতদ্ভবত্বেবং যথাস্তীকস্য ভাষিতম্ ॥৭॥
সমাপ্যতামিদং কর্ম্ম পন্নগাঃ সন্ত্বনাময়াঃ। প্রীয়তাময়মাস্তীকঃ সত্যং সূতবচোঽস্তু তৎ ॥৮॥
ততো হলহলাশব্দঃ প্রীতিজঃ সমজায়ত। আস্তীকস্য বরে দত্তে তথৈবোপররাম চ ॥৯॥
স যজ্ঞঃ পাণ্ডবেয়স্য রাজ্ঞঃ পারীক্ষিতস্য হ। প্রীতিমাংশ্চাভবদ্রাজা ভারতো জনমেজয়ঃ ॥১০॥
ঋত্বিগ্ভ্যঃ স সদস্যেভ্যো যে তত্রাসন্ সমাগতাঃ। তেভ্যশ্চ প্রদদৌ বিত্তং শতশোঽথ সহস্রশঃ ॥১১॥
লোহিতাক্ষায় সূতায় তথা স্থপতয়ে বিভুঃ। যেনোক্তং তস্য তত্রাগ্রে সর্পসত্রনিবর্ত্তনে ॥১২॥

---

অহুমক লৈরে. মাদুগী জনমেজয়না থোইনা চিন্তা তৌবা হৌরক্রে ॥ (১—২)॥ চাক্লবা মৈনুংদা বিধি কায়দনা হোম তৌরবসু কিবনা তক্ষক অদু মৈনুংদা তারকত্রে ॥৩॥ শৌনকনা হায —হে সূত! হৈরবা ব্রাহ্মণশিং অদুগী মন্ত্র পুম্নমক অহংগী শক্তি করিমতা কান্নদ্রিবা করিগীনো, মৈনুংদা তক্ষকনা তারক্ত্রি-বসিনা করিগীনো ॥৪॥

সৌতিনা হায —ইন্দ্রগী মখুত্তুগী মাঙ্খোকশ্রবা জ্ঞান ভাদ্রবা লিল অর্থোইবা তক্ষক অদুদা আস্তীকনা "ঙাইখো ঙাইখো ঙাইখো" হায়না অহুমলক লাওখি ॥৫॥ কনাগুম্বা মী অমনা অতিয়াগা পৃথিবীগা অনিগী মরক্তা অসুম লেপ্পুনা লৈবগুম তক্ষক অদু থম্মোই তনিক তনিক্না অত্তিয়াদা শুন্দ্রংদা অসুম লেংদনা লৈরে ॥ ৬ ॥ অদুগী মতুংদা ব্রাহ্মণ সদস্যশিংঅদুনা কন্না মহায়জিল্লবদুদা নিংথৌনা হায়রকই "আস্তীকনা হায়রবা মতুং ইন্না অমদি ময়ামগী মত মতুং ইন্নসু যজ্ঞ অসে লেপ্পিরো।" ॥ ৭ ॥ থবক অসি লোইশিনখিরো, লিল পুম্বা অরা অনা লৈত্রসনু, আস্তীকসু পেল্লসনু, সূতগী ৱাসি, অচুম্বা ওইরসনু ॥ ৮ ॥ অহংগী মতুংদা হংঙাইবগী অর্থাদি হরাওবগী খোঙ্গেল্লা পুমনমক নিনখ্রে। আস্তীকক্তা বর পীবসু ওইখ্রে, জনমেজয় নিংথৌগী যজ্ঞ অদু লোইশিল্লে, অদুগা নিংথৌ অদো থোইদোক্না নুংঙাইখি ॥ ৯-১০ ॥ অদুগী মতুংদা নিংথৌনা রাজপুত্র রোহিতশিংদা, ব্রাহ্মণ সদস্যশিংদা অমদি লাক্লিবা যজ্ঞ য়াওরিবা মীশিংদা মতিক চানা চানা চাম চাম লিশিং লিশিং দান-দক্ষিণা তৌরে ॥ ১১ ॥ নিংথৌ জনমেজয়না লোমহর্ষণ কৌবা সূতদা ধনদান তৌরে। "মহারাজগী যজ্ঞ অসি শোয়দনা ব্রাহ্মণ অমা লাক্কনা থিংলগনি" হায়রবা শিল্পী (মখুৎ মশা মৈবা) যজ্ঞগী মণ্ডপনাইবা থাবা

তৈশ্চাপ্যুক্তো ভাগিনেয়ঃ প্রসন্নৈরেতৎ সত্যং কামমেবং বরং তে।
প্রীত্যা যুক্তাঃ কামিতং সর্ব্বশস্তে কর্ত্তারঃ স্ম প্রবণা ভাগিনেয়!॥২২
অসিতঞ্চার্ত্তিমন্তঞ্চ সুনীথঞ্চাপি যঃ স্মরেৎ। দিবা বা যদি বা রাত্রৌ নাস্য সর্পভয়ং ভবেৎ ॥২৩॥
যো জরৎকারুণা জাতো জরৎকারৌ মহাযশাঃ। আস্তীকঃ সর্পসত্রে বঃ পন্নগান্ যোঽভ্যরক্ষত।
তং স্মরন্তং মহাভাগাঃ! ন মাং হিংসিতুমর্হথ ॥২৪॥
সর্পাপসর্প ভদ্রং তে গচ্ছ সর্প! মহাবিষ! জনমেজয়স্য যজ্ঞান্তে আস্তীকবচনং স্মর ॥২৫॥
আস্তীকস্য বচঃ শ্রুত্বা যঃ সর্পো ন নিবর্ত্ততে। শতধা ভিদ্যতে মূর্দ্ধা শিংশবৃক্ষফলং যথা ॥২৬॥

সৌতিরুবাচ।

স এবমুক্তস্তদা দ্বিজেন্দ্রঃ সমাগতৈস্তৈর্ভুজগেন্দ্রমুখ্যৈঃ।
সম্প্রাপ্য প্রীতিং বিপুলাং মহাত্মা ততো মনো বৈ গমনায় দধ্রে ॥২৭॥
ইত্যেবং নাগরাজোঽথ নাগানাং মধ্যগস্তদা। উক্ত্বা সহৈব তৈঃ সর্পৈঃ স্বমেব ভবনং যযৌ ॥২৮॥
মোক্ষয়িত্বা তু ভুজগান্ সর্পসত্রাদ্দ্বিজোত্তমঃ। জগাম কালে ধর্ম্মাত্মা দিষ্টান্তং পুত্রপৌত্রবান্ ॥২৯॥
ইত্যাখ্যানং ময়াস্তীকং যথাবত্তব কীর্ত্তিতম্। যৎ কীর্ত্তয়িত্বা সর্পেভ্যো ন ভয়ং বিদ্যতে কচিৎ ॥৩০॥

---

লৈতসনু ॥ ২১ ॥ পেন্নবা লিল ময়াম্না মতন জরৎকারুনা পোকপা মক্কাক খোল্লবা আস্তীকতা হায়রকই—
"নংনা ঐখোয়দগী পাম্লিবা বর অসে মতিক চাই, অচুম্বমক্নি; নংনা তৌবসি ঐখোয় হান্না পেনে, পুক্নিং পোম্না, থবাই য়াওনা নংনা হায়বিবসে ঐখোয় শোয়দনা তৌগনি। মী মহাক অহনা অসিত, আর্তিমান অমদি সুনীথ কৌবা মুনি অহুম সিবু অয়ুক নুংথিল নুমিদাংদা হেক হেক নিংশিংলবা অস্তু ওইরবদি মহাক্তী করিগুম্বদা লিলগী অকীবা লৈরোই ॥২২-২৩॥
জরৎকারুগী গর্ভদা জরৎকারু মুনিনা পোকখিবা, মিংচৎ চাওরবা, আস্তীক মুনিনা লিল নখোয় পুম্ববু সর্পসত্রদগী কনবিখিবনি অহনা হে পুকচেল চাওরবা শা। অহুগুম্বা আস্তীকপু নিংশিংলিবা ঐভোন্দা হিংসা তৌগনু ॥ ২৪ ॥ হে মহু লৈত্রবা লিল। হে মহু কল্লবা লিল। নখোয়স্থ ডাও, চৎলো, চৎলো, মঙ্গল ওইয়ু! জনমেজয়গী যজ্ঞ লোইরকপদা আস্তীকনা হায়খিবা বা অহু নিংশিংউ ॥২৫॥ আস্তীককী বা অসিসু তাবগা হন্দোকখিত্রবা লিল অহুদি তেরো মহে কায়বগুম শাগী মকোক অহু চাম খোল্লা কায় সনু ॥২৬॥ সৌতিনা হায়— সভা অচুদা লাম্লিবা অখোইবা চাওর চাওরবা লিল খিবিক্লা অহুম হায়নবা য়ায়বহৈদা ব্রাহ্মণ অখোইবা আস্তীকনা থোইদোকনা পোন্নহনা মহাক্তী মমুমদা চৎখ্রগে হায়না খল্লকই ॥ ২৭ ॥ লিল পুমনমক্কী ময়াইদা লৈরিবা লিল নিংথৌ বাসুকিনা অমুব হায়রগা লিজ পুম্নমকতুগা লোয়ননা মমুমদা চৎখি ॥ ২৮॥ ব্রাহ্মণ অখোইবা আস্তীকস্থ অমুমনা লিল পুম্বমবু সর্পসত্রদগী কনবিরম্লগা, মতম খরদং মচামচা পোক্লগা ধর্ম্ম চেন্নবা মুনিদো লোপোখি ॥ ২৯ ॥
হে শৌনক! ঐনা আস্তীককী বাত্তিসে নংবী মমদা লীয়রবসিনি, অসিবু শক্লিবা পোক্লিবা মীয়ুমী কনিখন্দা মমদা লিলগী অকিবা লৈতে ॥ ৩০ ॥ সৌতিনা হায়খি— হে ভৃগুবংশগী অখোইবা

সৌতিরুবাচ।

যথা কথিতবান্ ব্রহ্মন্! প্রমতিঃ পূর্ব্বজস্মব। পুত্রায় রুরবে প্রীতঃ পৃচ্ছতে ভার্গবোত্তম ॥৩১॥

যদ্বাক্যং শ্রুতবাংশ্চাহং তথা চ কথিতং ময়া। আস্তীকস্য কবের্বিপ্র! শ্রীমচ্চরিতমাদিতঃ ॥৩২॥

যন্মাং ত্বং পৃষ্টবান্ ব্রহ্মন্! শ্রুত্বা ডুণ্ডুভভাষিতম্। ব্যেতু তে সুমহদ্ব্রহ্মন্! কৌতূহলমরিন্দম! ॥৩৩॥

শ্রুত্বা ধর্ম্মিষ্ঠমাখ্যানমাস্তীকং পুণ্যবর্দ্ধনম্। সর্ব্বপাপবিনির্ম্মুক্তো দীর্ঘমায়ুরবাপ্নুয়াৎ ॥৩৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

আস্তীকে সর্পসত্রসমাপ্তির্নাম ত্রিপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ ॥০



হে শৌনক! মমাংজৈদা নবুধৌ প্রমতিনা মচা রুরুনা হংলবদা লীখিবা ব্বাবী অসে ঐসু তাড়ুনা নত্তোন্দা লীরিবসিনি। জ্ঞানী ওইরবা আস্তীককী যজরবা চরিত্র অসি মকোক্তগী হৌনা ঐনা লীখ্রবসিনি ॥ ৩১-৩২ ॥ ইদ্রিয় খুদুম চল্লবা হে শৌনক। ডুণ্ডভনা তাক্লকপদগী ঐত্তোন্দা হংলিবা অসি পুন্নমক তারগা নহাক্কী থোইনা তানিংঙব্বা শককতো কোকপা ওইসনু ॥ ৩৩ ॥ পুন্য হেনগৎকদবা ধর্ম্ম চেল্লবা আস্তীকগী ব্বারীসিবু তারগা মীনা পাপ পুম্বদগী কোক্তুনা পুনসি তোল্লোইবা ফংসনু ॥৩৪॥

মসিদা শ্লোক লিশিং চামনা থল্লবা, শ্রীব্যাসনা লেংবা মহাভাবতকী অহানবা পর্ব্বগী

আস্তীক্কী "সর্পসত্র সমাপ্তি" কৌবা যাথেৎহুমদোই শুবা অধ্যায় লোইরে ॥



# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব— আদিবংশাবতারণে কথানুবন্ধঃ

(হ্যাংখৈমরি শুবা অন্যায়)

—:*:—

শৌতিক উবাচ।

ভৃগুবংশাৎ প্রভৃত্যেব ত্বয়া মে কীর্ত্তিতং মহৎ। আখ্যানমখিলং তাত! সৌতে! প্রীতোঽস্মি তেন তে ॥১॥

প্রক্ষ্যামি চৈব ভূয়স্ত্বাং যথাবৎ সূতনন্দন! যাঃ কথা ব্যাসসম্পন্নাস্তাশ্চ ভূয়ো বিচক্ষ্ব মে ॥২॥

তস্মিন্ পরমদুষ্পারে সর্পসত্রে মহাত্মনাম্। কর্ম্মান্তরেষু যজ্ঞস্য সদস্যানাং তথাঽধ্বরে ॥৩॥

যা বভূবুঃ কথাশ্চিত্রা যেষ্বর্থেষু যথাতথম্। ত্বত্ত ইচ্ছামহে শ্রোতুং সৌতে! ত্বং বৈ প্রচক্ষ্ব নঃ ॥৪॥

সৌতিরুবাচ।

কর্ম্মান্তরেষ্বকথয়ন্ দ্বিজা বেদাশ্রয়াঃ কথাঃ। ব্যাসস্ত্বকথয়চ্চিত্রমাখ্যানং ভারতং মহৎ ॥৫॥

শৌনক উবাচ।

মহাভারতমাখ্যানং পাণ্ডবানাং যশস্করম। জনমেজয়েন পৃষ্টঃ সন্ কৃষ্ণদ্বৈপায়নস্তদা ॥৬॥

শ্রাবয়ামাস বিধিবত্তদা কর্ম্মান্তরে তু সঃ। তামহং বিধিবৎ পুণ্যাং শ্রোতুমিচ্ছামি বৈ কথাম্ ॥৭॥

মনঃসাগরসম্ভূতাং মহর্ষের্ভাবিতাত্মনঃ। কথয়স্ব সতাং শ্রেষ্ঠ! নহি তৃপ্যামি সূতজ ॥৮॥

---

শৌনকনা হায়খি— হে সৌতি! ভৃগুবংশদগী হৌনা ৱাবী পুম্নমক ঐঙোন্দা লিবিরে অদুনা নংগী নফমদা থোইদোক্লা পেঙ্গরে ॥ ১ ॥ হে সূতনন্দন! অমুক হন্না নঙোন্দা হংজনি, মহর্ষি বেদব্যাসনা লেংখিবা লিখিবা ৱারী পুম্বা অদু ঐঙোন্দা লিথবিরো ॥ ২ ॥ হে সৌতি! অমনা তৌরব্রবা সর্পসত্র অদুনা লোইথ্রবা অদুগী মতুংদা যজ্ঞদা ফমলিবা মহাত্মা ওইরবা ব্রাহ্মণ খিবিক অদুগী মরমদা থোকখিবা ৱারী পুম্বা অদু মথং শিংনা নঙোন্দগী অমুক তাজনিংঙি অদুনা ঐখোযদা অমুক হায়থবিরো ॥ ৩-৪ ৷ সৌতিনা হাযখি— যজ্ঞগী সুমিৎ খুদিংগী তৌগদবা কর্ম্ম হেক হেক লোইরকপদা ব্রাহ্মণশিংনা বেদগী ৱারী মচা মচা লিতুনা তানৈ, মতম অদুদা ব্যাসদি মহাভারতকী ৱারী লীখি ॥ ৫ ॥ শৌনকনা হায়খি— হে সৌতি! হুমিৎ খুদিং যজ্ঞগী কর্ম্মনা হেক হেক লোইরকপদা, জনমেজয়না হংবদা কৃষ্ণ দ্বৈপায়ন ব্যাসনা পাণ্ডবশিংগী মিংচৎ চাওনবা ওইরবা বিধি কায়দনা লিখিবা পুণ্য চেন্নবা মহাভারতকী ৱারীশিং অদু ঐস্থু বিধি কায়দনা তানিংঙি। মরম অদুনা হে পণ্ডিত অথোইবা! মপুকচেল মতুংবা বেদব্যাসগী থম্মোই ইপাকতগী থোরকপা ৱারীশিং অদো মথং শিংনা তাথবিয়ু। তাম্ব্রিবা ৱারীশিং অসিদা ঐগী অপেনবা কোবা নাইদ্রে ॥ ৬-৮ ॥

সৌতিরুবাচ।

হন্ত তে কথয়িষ্যামি মহদাখ্যানমুত্তমম্। কৃষ্ণদ্বৈপায়নমতং মহাভারতমাদিতঃ ॥৯॥

শৃণু সর্ব্বমশেষেণ কথ্যমানং ময়া দ্বিজ! শংসিতুং তন্মহান্ হর্ষো মমাপীহ প্রবর্ত্ততে ॥১০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

আদিবংশাবতারণে কথানুবন্ধো নাম চতুঃপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

—:(০:০:০):—

সৌতিনা হায়খিঃ— কৃষ্ণদ্বৈপায়ণ বেদব্যাসগী মত মতুংইন্না থোকখিবা মহাভারতকী চাওরবা ৱারী অদো মকোক্তগী লীগে তাবিয়ু॥ ৯॥ হে ব্রাহ্মণ! ঐনা লিজগদৌরিবা ৱারী পুম্বসে মখাক নাইদনা তাবিয়ু। মখং২ লীরকপদা ঐগীসু থোইনা মুংভাইবা হায়বত্ন ওইরে ॥ ১০॥

মাসিদা শ্লোক লিশিং চামনা থল্লবা, শ্রীব্যাসনা লেংবা মহাভারতকী অহানবা পববন্দ "আদিবংশাবতারণে কথানুবন্ধো" কৌবা য়াংখৈ মরি শুবা অধ্যায় লোইরে॥০॥

—•✱✱•—

(৬। আদিবংশাবতারণপর্ব্ব)

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব—আদিবংশাবতারণে কথানুবন্ধো নাম

(য়াংখৈমঙা শুবা অধ্যায়)

—:•:—

সৌতিরুবাচ।

শ্রুত্বা তু সর্পসত্রায় দীক্ষিতং জনমেজয়ম্। অভ্যগচ্ছদৃষির্বিদ্বান্ কৃষ্ণদ্বৈপায়নস্তদা ॥১॥

জনয়ামাস যং কালী শক্তেঃ পুত্রাৎ পরাশরাৎ। কন্যৈব যমুনাদ্বীপে পাণ্ডবানাং পিতামহম্ ॥২॥

জাতমাত্রশ্চ যঃ সদ্য ইষ্ট্যা দেবমবীবৃধৎ। বেদাংশ্চাধিজগে সাঙ্গান্ সেতিহাসান মহাযশাঃ ॥৩॥

সৌতিনা হায়খি— জনমেজয়না সর্পসত্রগী দমক দীক্ষা লৌখ্রে, হায়বহ্ন তাখদা জ্ঞান লৈরবা ঋষি কৃষ্ণদ্বৈপায়ণ ব্যাস মফম অদুদা লাকখি॥ ১॥ পাণ্ডবশিংগী মখুথৌ ওইবরা অতুম ওইবা ব্যাসবু শক্তিগী মচা লিপা পরাশর ঋষিগী ঔরসদগী কালী সত্যবতীনা কন্যা ওইরিঙৈগী অবস্থাদা যমুনা তুরেলগী দ্বীপ অমদা পোকখি॥ ২॥ হেক পোকপা মুমিংতগী হকচাং অহু মাগী নীংবা মতুংইন্না চাওখংখি। মিংচৎ চাওরবা ব্যাসনা ইতিহাস অমদি অঙ্গগা লোয়নরবা বেদখিবিকপু লৈখি॥ ৩॥

যং নৈতি তপসা কশ্চিন্ন বেদাধ্যয়নেন চ । ন ব্রতৈর্নোপবাসৈশ্চ ন প্রসূত্যা ন মন্যুনা ॥৪॥
বিব্যাসৈকং চতুর্ধা যো বেদং বেদবিদাং বরঃ । পরাবরজ্ঞো ব্রহ্মর্ষিঃ কবিঃ সত্যব্রতঃ শুচিঃ ॥৫॥
যঃ পাণ্ডুং ধৃতরাষ্ট্রঞ্চ বিদুরঞ্চাপ্যজীজনৎ । শান্তনোঃ সন্ততিং তন্বন্ পুণ্যকীর্ত্তির্মহাযশাঃ ॥৬॥
জনমেজয়স্য রাজর্ষেঃ স মহাত্মা সদস্তদা । বিবেশ সহিতঃ শিষ্যৈর্বেদবেদাঙ্গপারগৈঃ ॥৭॥
তত্র রাজানমাসীনং দদর্শ জনমেজয়ম্ । বৃতং সদস্যৈর্বহুভির্দেবৈরিব পুরন্দরম্ ॥৮॥
তথা মূর্দ্ধাভিষিক্তৈশ্চ নানাজনপদেশ্বরৈঃ । ঋত্বিগ্‌ভির্ব্রহ্মকল্পৈশ্চ কুশলৈর্যজ্ঞসংস্তরে ॥৯॥
জনমেজয়স্তু রাজর্ষির্দৃষ্ট্বা তমৃষিমাগতম্ । সগণোঽভ্যুদ্যযৌ তূর্ণং প্রীত্যা ভরতসত্তমঃ ॥ ১০ ॥
কাঞ্চনং বিষ্টরং তস্মৈ সদস্যানুমতঃ প্রভুঃ । আসনং কল্পয়ামাস যথা শক্রো বৃহস্পতেঃ ॥ ১১ ॥
তত্রোপবিষ্টং বরদং দেবর্ষিগণপূজিতম্ । পূজয়ামাস রাজেন্দ্রঃ শাস্ত্রদৃষ্টেন কর্ম্মণা ॥১২॥
পাদ্যমাচমনীয়ঞ্চ অর্ঘ্যং গাঞ্চ বিধানতঃ । পিতামহায় কৃষ্ণায় তদর্হায় ন্যবেদয়ৎ ॥১৩॥
প্রতিগৃহ্য তু তাং পূজাং পাণ্ডবাজ্জনমেজয়াৎ । গাঞ্চৈব সমনুজ্ঞাপ্য ব্যাসঃ প্রীতোঽভবত্তদা ॥১৪॥
তথা চ পূজয়িত্বা তং প্রণয়াৎ প্রপিতামহম্ । উপোপবিশ্য প্রীতাত্মা পর্য্যপৃচ্ছদনাময়ম্ ॥১৫॥

---

কনানা তপস্যানা, বেদ অধ্যয়ণ তৌবনা, ব্রতনা উপবাসনা গৃহস্থ ধর্ম্মনা অমদি যজ্ঞনম্ব মহাকপু হিরম পুম্বদা খক হেনবা ঙমখিদে ॥৪॥

বেদ হৈবা শংবগী মনুংদা অখোইবা ওইরবা, তুং মাং উরবা, ব্রহ্মর্ষি ওইরবা, য়াশকচেৎলবা পুক্লিং হকচাং অনিমক্তা শেংলবা, অমদি কবি ওইরবা ব্যাসনা, বেদবু শরুক মরি থোকনা থায়দোকখি ॥ ৫ ॥ অহুগুম্বা মীংচৎ চাওরবা পুণ্য চেল্লবা ব্যাসনা শান্তনুগী বংশবু মুত্তনবা পাণ্ডু, ধৃতরাষ্ট্র, অমদি বিদুর অহুম্বু পোকপীখি ॥ ৬ ॥ অদুম ওইবা মহাত্মা ব্যাসনা বেদ বেদাঙ্গ হৈরবা শিষ্য পুম্বগা লোয়ননা রাজর্ষি জনমেজয়গী যজ্ঞমাণ্ডপতা চংলকলে ॥৭॥ ব্রহ্মাগা মান্নবা হৈরবা রাজপুরোহিত ময়াম্বা অভিষেক তৌখ্রবা, লৈপাক লৈপাককী নিংথৌ কয়ানা, দেবতা—সদস্য কয়ানা ইন্দ্রবু কোয়শিন্দুনা লৈবগুম, কোয়শিন্দুনা যজ্ঞগী আসন থক্তা ফমদুনা লৈরম্বা জনমেজয়বু ব্যাসনা উখি ॥ ৮ - ৯ ॥ ভরতবংশগী অখোইবা ওইরবা রাজর্ষি জনমেজয়না মহর্ষি ব্যাস লাকপা উবদা লোয়নবা মী খিবিক্তা লোয়ননা থুনা য়াংনা হৌগত্তুনা তরাম তরাম স্বাগত তৌখি ॥ ১০ ॥ ইন্দ্রনা সভাদা বৃহস্পতিগী আসন থাবগুম জনমেজয়না সদস্য পুম্বগী মত লৌরগা ব্যাসগী দমক সনাগী আসন থাখি ॥১১॥

দেবর্ষি খিবিকমক্তা পূজা তৌনরবা, বরদান পিবা ঙম্লবা, আসন থক্তা লেংশিল্লবা ব্যাসবু নিংথৌ জনমেজয়না শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা পূজা তৌখি ॥ ১২ ॥ হাক-কাম্নবা য়াবা অমদি পূজাগী মতিক চাবা সামগ্রী অদুগা শাস্ত্রগী বিধি মতুং ইন্না শনবী অমত্তু খুদক্তা, পিতামহ ওইরবা, পূজা তৌনবগী মশাকন্থ ওইরবা কৃষ্ণদ্বৈপায়ন ব্যাসদা নিংথৌনা কৎশিল্লি ॥ ১৩ ॥ পাণ্ডুবংশদা পোকলবা রাজা জনমেজয়গী মকমদগী পূজা অদুবু তরাম তরামনা স্বীকার তৌরগা ;অমদি শল অদুবুস্থ দান অসি লৌরবনি হায়না য়াথিল্লনা লৌরগা ব্যাস অদু থোইনা পেনখিখি ॥ ১৪ ॥ য়ামনা নুংশিনা, তরাম তরামনা মখুথোংবু লোয়নবা ব্যাসবু পূজা তৌরগা লেপ্পরবা জনমেজয়না মখুথোগী নাক্তা ফমলগা

ভগবানপি তং দৃষ্ট্বা কুশলং প্রতিবেদ্য চ। সদস্যৈঃ পূজিতঃ সর্বৈঃ সদস্যান্ প্রত্যপূজয়ৎ ॥১৬॥
ততস্তু সহিতঃ সর্বৈঃ সদস্যৈর্জনমেজয়ঃ। ইদং পশ্চাদ্দ্বিজশ্রেষ্ঠং পর্য্যপৃচ্ছৎ কৃতাঞ্জলিঃ ॥১৭॥

জনমেজয় উবাচ।

কুরূণাং পাণ্ডবানাঞ্চ ভবান্ প্রত্যক্ষদর্শিবান্। তেষাং চরিতমিচ্ছামি কথ্যমানং ত্বয়া দ্বিজ ॥১৮॥
কথং সমভবদ্ভেদস্তেষামক্লিষ্টকর্ম্মণাম্। তচ্চ যুদ্ধং কথং বৃত্তং ভূতান্তকরণং মহৎ ॥১৯॥
পিতামহানাং সর্বেষাং দৈবেনাবিষ্টচেতসাম্। কার্ৎস্ন্যেনৈতন্মমাচক্ষ্ব যথাবৃত্তং দ্বিজোত্তম্ ॥২০॥

সৌতিরুবাচ।

তস্য তদ্বচনং শ্রুত্বা কৃষ্ণদ্বৈপায়নস্তদা। শশাস শিষ্যমাসীনং বৈশম্পায়নমন্তিকে ॥২১॥

ব্যাস উবাচ।

কুরূণাং পাণ্ডবানাঞ্চ যথা ভেদোঽভবৎ পুরা। তদস্মৈ সর্বমাচক্ষ্ব যন্মত্তঃ শ্রুতবানসি ॥২২॥
গুরোর্বচনমাজ্ঞায় স তু বিপ্রর্ষভস্তদা। আচচক্ষে ততঃ সর্বমিতিহাসং পুরাতনম্ ॥২৩॥
রাজ্ঞে তস্মৈ সদস্যেভ্যঃ পার্থিবেভ্যশ্চ সর্বশঃ। ভেদং সর্ব্ববিনাশঞ্চ কুরুপাণ্ডবয়োস্তদা ॥২৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
আদিবংশাবতারেণ কথানুবন্ধো নাম পঞ্চপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ ॥৫৫॥

——:(*):——

লেংলকপগী মরম অমদি মঙ্গল ওইবগী ৱা হংখি ॥ ১৫ ॥ ভগবান বেদ ব্যাসনা নিংথৌবু য়েংলগা মঙ্গল ওইবগী পাওতমখি, অদুগা সদস্য পুমনমকনা পূজা তৌরবা ব্যাসনা মযাম্বুসু পূজা তৌখি হায়বদি তরাম তরামনা খৱাই পুম্বগী মঙ্গল সমাচার হংখি ॥ ১৬ ॥ অদুগী মতুংদা সদস্য খিবিক্কা লোয়ননা জনমেজয়না খুৎ লোম্নরগনা ব্রাহ্মণ অথোইবা ব্যাসদা ৱা অসি হংখি ॥ ১৭ ॥ ইবুধৌদি কুরু পাণ্ডব অনিমক্কী মরমদা থোকখিবা থৌদোক পুম্বা থা গৈগেংনা উবিখ্রবনি, অদুনা হে ব্রাহ্মণ অথোইবা! মখোয়গী ৱারী পুম্ববু তাজনিংঙি ॥ ১৮ ॥

করিগুম্বা থবকপু ইবাই লায়না পাংথোকপা ভম্বনা কৌরব পাণ্ডবশিং অহুগী মরকতা করম্না জীব পুম্নমক মাংননবগী মশক ওইরবা অকৌবগী মশক ওইরবা লান্থাও অসি থোকখিবনো ? ॥১৯॥ হে ব্রাহ্মণ অথোইবা! বিধাতানা ইনশিনখ্রবা থমোইনা মখোযগী ওইরবা ইবুধৌশিং অহুগী মনুংদা থোকখিবা থৌদৌ অর্পূম্বা মথংশিংনা মপুংফানা লীবিযু ॥২০॥ সৌতিনা হায়ই— জনমেজয়গী ৱা তাবদা কৃষ্ণ দ্বৈপায়ণ বেদ ব্যাসনা মনাক্তা ফমলিবা শিষ্য বৈশম্পায়ণগী মফমদা ৱারী পুম্নমক অদু নিংথৌগী মফমদা লীননবা য়াথং পীরম্মি ॥২১॥ ব্যাসনা হায়খিঃ— ঐহাক্তদগী নংনা তাখিবা তমখিবা কুরুশিং অমদি পাণ্ডবশিংগী মরক্তা করম্না যেংগিনবা পোকখিবা অসি পুমনমক নংনা মহারাজগী মফমদা লীযু ॥ ২২॥ গুরুগী য়াথং মতুং ইন্না ব্রাহ্মণ অথোইবা বৈশম্পায়ননা জনমেজয় নিংথৌগী অমদি লৈরিবা সদস্যশিং অতৈ নিংথৌশিং অযাম্বগী মমাংদা কুরুপাণ্ডবশিংগী য়েংথিনখিবা অমদি খৱাইগী মাংতাক্লখিবগী কুইরবা ইতিহাস মথং শিংনা লীবা হৌরকলে ॥ ২৩-২৪ ॥

মাসিদা শ্লোক লিশিং চামনা থল্লবা শ্রীব্যাসনা লেংবা মহাভারতকী অহানবা পর্ব্বগী "আদিবংশাবতারণে কথানুবন্ধো" কৌবা ৫৫ শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব— আদিবংশাবতারণে ভারতসূত্রং

(য়াৎথ্রেতরুক শুবা অধ্যায়)

—(:০:)—

বৈশম্পায়ন উবাচ ।

গুরবে প্রাঙনমস্কৃত্য মনোবুদ্ধিসমাধিভিঃ । সম্পূজ্য চ দ্বিজান্ সর্বাংস্তথান্যান্ বিদুষো জনান্ ॥১॥

মহর্ষেবিশ্রুতস্যেহ সর্বলোকেষু ধীমতঃ । প্রবক্ষ্যামি মতং কৃৎস্নং ব্যাসস্যাস্য মহাত্মনঃ ॥২॥

শ্রোতুং পাত্রঞ্চ রাজন্ ! ত্বং প্রাপ্যেমাং ভারতীং কথাম্ । গুরোর্বক্ত্রপরিস্পন্দো মনঃ প্রোৎসাহতীব মে ॥৩॥

শৃণু রাজন্ ! যথা ভেদঃ কুরুপাণ্ডবয়োরভূৎ । রাজ্যার্থে দ্যূতসম্ভূতো বনবাসস্তথৈব চ ॥৪॥

যথা চ যুদ্ধমভবৎ পৃথিবীক্ষয়কারকম্ । তত্তেঽহং কথয়িষ্যামি পৃচ্ছতে ভরতর্ষভ ! ॥৫॥

মৃতে পিতরি তে বীরা বনাদেত্য স্বমন্দিরম্ । নচিরাদেব বিদ্বাংসো বেদে ধনুষি চাভবন্ ॥৬॥

তাংস্তথা সত্ত্ববীর্যৌজঃসম্পন্নান্ পৌরসম্মতান্ । নামৃষন্ কুরবো দৃষ্ট্বা পাণ্ডবান্ শ্রীযশোভৃতঃ ॥৭॥

ততো দুর্যোধনঃ ক্রূরঃ কর্ণশ্চ সহসৌবলঃ । তেষাং নিগ্রহনির্বাসান বিবিধাংস্তে সমারভন্ ॥৮॥

ততো দুর্যোধনঃ ক্রূরঃ কণিকস্য মতে স্থিতঃ । পাণ্ডবান্ বিবিধোপায়ৈ রাজ্যহেতোরপীড়য়ৎ ॥৯॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়খি—অহানবদা থব্রাই হকচাং অমতা ওইনা, ভক্তিগা লোয়ননা শুকদেববু খুরুমজরগা অদুগা তিল্লিবা জ্ঞানী ওইববা ব্রাহ্মণশিংদা চংজরগা, মরোল অহুমদা ফাওরবা জ্ঞানী ওইরবা মহর্ষি শুকদেবনা তমবিখিবা তাকপিখিবা মহাভারত-ইতিহাসবু মপুং ফানা লীজগে ॥১-২॥ মহারাজ। মহারাজনা ঙ্বারী তাননবা মতিক চারবা শ্রোতানি । ঐসু শুকদেবগী মক্ষমদগী কথা অসি মপুং ফানা তমজববনি। "নং ঙ্বারী অসি মহারাজদা লীয়ু" হায়না তাকপীখিবা শুরুদেবগী শ্রীমুখনা ঐগী পুক্নিংবু থোইনা থৌগৎপীবি ॥৩॥ তাবিয়ু মহারাজ। কুরু পাণ্ডব অনিগী মনুংদা করম্না য়েংথিনখিবা, লৈপাক থানহনা চৌবর শান্নবদগী করমনা পাণ্ডবশিংনা বনদা চৎখিবা অমদি পৃথিবী পুম্বা মাং তাক্লনবগী মশক ওইরবা লান্থাও থোকখিবা অসি পুম্নমক, হে ভরতবংশগী অথোইবা। মথং শিংনা লীজগে তাবিয়ু ॥৪-৫॥ মপাবুং পাণ্ডুনা নোংগাখ্রবদা কল্লবা পাণ্ডবশিংনা বনদগী য়ুমদা হল্লক্লনা মতম থরগী মনুংদা বেদ অমদি ধনুর্বেদ অনিমক্তা য়াম্না চংথোক্না হৈখি ॥৬॥ দুর্যোধননা চিংবা কৌরবশিংনা মপাঙ্গল মথৌনা লৈরবা লৈপাক্কী মী পুম্বনা নুংশিরবা ললথুম অমদি মিংচৎনা তিল্লবা পাণ্ডবশিংবু উবগা থাংবা ঙমদ্রে ॥৭॥ অদুগী মতুংদা ফত্রবা দুর্যোধন, কর্ণনা শকুনিগা লোয়ননা পাণ্ডবশিংগী মথক্তা মথল মথা অয়াম্বা অত্যাচার তৌরকলে ॥৮॥ শকুনিগী মতত্তা লৈরবা ফত্রবা দুর্যোধননা পাণ্ডবশিংবু লৈপাক্কীদমক্তা মথল মথা অয়াম্বা উপায়না ওৎপা

দত্ত্বাথ বিষং পাপো ভীমায় ধৃতরাষ্ট্রজঃ। জরয়ামাস তদ্বীরঃ সহান্নেন বৃকোদরঃ ॥১০॥
প্রমাণকোট্যাং সংসুপ্তং পুনর্বদ্ধা বৃকোদরম্। তোয়েষু ভীমং গঙ্গায়াঃ প্রক্ষিপ্য পুরমাব্রজৎ ॥১১॥
যদা বিবুদ্ধঃ কৌন্তেয়স্তদা সংছিদ্য বন্ধনম্। উদতিষ্ঠন্মহাবাহুর্ভীমসেনো গতব্যথঃ ॥১২॥
আশীবিষৈঃ কৃষ্ণসর্পৈঃ সুপ্তঞ্চৈনমদংশয়ৎ। সর্বেষ্বেবাঙ্গদেশেষু ন মমার স শত্রুহা ॥১৩॥
তেষান্তু বিপ্রকারেষু তেষু তেষু মহামতিঃ। মোক্ষণে প্রতিকারে চ বিদুরোঽবহিতোঽভবৎ ॥১৪॥
স্বর্গস্থো জীবলোকস্য যথা শক্রঃ সুখাবহঃ। পাণ্ডবানাং তথা নিত্যং বিদুরোঽপি সুখাবহঃ ॥১৫॥
যদা তু বিবিধোপায়ৈঃ সংবৃতৈর্বিবৃতৈরপি। নাশক্নোদ্বিনিহন্তুং তান্ দৈবভাব্যর্থরক্ষিতান্ ॥১৬॥
ততঃ সংমন্ত্র্য সচিবৈর্বৃষদুঃশাসনাদিভিঃ। ধৃতরাষ্ট্রমনুজ্ঞাপ্য জাতুষং গৃহমাদিশৎ ॥১৭॥
সুতপ্রিয়ৈষী তান্ রাজা পাণ্ডবানম্বিকাসুতঃ। ততো বিবাসয়ামাস রাজ্যভোগবুভুক্ষয়া ॥১৮॥
তে প্রাতিষ্ঠন্ত সহিতা নগরান্নাগসাহ্বয়াৎ। প্রস্থানে চাভবন্মন্ত্রী ক্ষত্তা তেষাং মহাত্মনাম্ ॥১৯॥
তেন মুক্তা জতুগৃহান্নিশীথে প্রাদ্রবন্ বনম্। ততঃ সম্প্রাপ্য কৌন্তেয়া নগরং বারণাবতম্ ॥২০॥
ন্যবসন্ত মহাত্মানো মাত্রা সহ পরন্তপাঃ। ধৃতরাষ্ট্রেণ চাজ্ঞপ্তা উষিতা জাতুষে গৃহে ॥২১॥
পুরোচনাদ্রক্ষমাণাঃ সংবৎসরমতন্দ্রিতাঃ। সুরুঙ্গাং কারয়িত্বা তু বিদুরেণ প্রচোদিতাঃ ॥২২॥

---

হৌরে ॥ ৯ ॥ ধৃতরাষ্ট্রগী মচা পাপী দুর্যোধননা ভীমদা চাকতা হূ হাপ্তুনা পীর্জখি, অদুবু কল্লবা ভীমনা মাদুবু ইলায় লায়না তুমহনখি ॥ ১০ ॥ অমুকস্থু নোংম প্রমান কোটি কৌবা মফমদা তুমদুনা লৈরিবা ভীমবু গঙ্গাগী ঈশিংদা খোংখুৎ পুন্দুনা থাদরমগা ময়ুমদা চৎখি ॥ ১১ ॥ মিকপ থোরক্লবা মতমদা পুল্লিবা অদুবু থদণুনা মপাঙ্গল কল্লবা ভীমনা করিমতা অৱাবা লৈতনা হৌগত্তুনা লাকখি ॥ ১২ ॥ তুমদুনা লৈরিবা ভীমবু নোংমা দুর্য্যোধননা মহূ কল্লবা লিল ময়াম থাজিন্দুনা হকচাংগী মফম পুম্বদা চিকহনখি অদুবু য়েক্লবা ঙম্বা ভীমদো শিখিদে ॥ ১৩ ॥ পঞ্চ পাণ্ডবনা অৱাবা হেক হেক অসুম্না তারবদা মখোয়বু কন্নবা অমদি অৱাবা কোক্লনবা হোৎনবদা পুকচেল চাওরবা বিদুরনা পুকনিং চংলম্মি ॥১৪॥ লাপ্ন স্বর্গদা লৈরবস্থু ইন্দ্রনা মর্ত্ত্যলোককী জীবপুম্বগী কান্নবা তৌবগুম লাপ্না বিদুরনা লৈদুনা পাণ্ডবশিংগী কান্নবা, মুংঙাইনবা হোৎনখি ॥ ২৫ ॥

মথল মখা অয়াম্বা অফোংবা অমদি অরোনবা উপায় করানস্থু তুংদা রাজ্য ফংহন্নবগী দমক বিধিনা ঙাকতুনা থমখ্রবা মখোয়বু মাংননবা তৌবা ঙমখিদে, অদুদগী কর্ণবা দুঃশাসন অমদি মন্ত্রীশিংগা খা তানদুনা ধৃতরাষ্ট্রগীদা মখোয়বু চানা শাবা য়ুমদা লৈহন্নবা হায়খি ॥ ১৬-১৭॥ অম্বিকাগী মচা ধৃতরাষ্ট্রনা মচাবু নুংশিবনা অমদি নিংথৌ ওইদুনা রাজভোগ পান্নবা মখোয়বু চাগী শংদা লৈনমবা থাখি ॥১৮॥ পাণ্ডবশিংনা হস্তিনাপুরদগী থোকখ্রবদা, পুকচেল চাওরবাশিংদুগী দমক বিদুরনা কান্নবা মন্ত্রনা কন্না তৌখি ॥১৯॥ বিদুরগী লৌশিংনা চাগী শংদগী নাম্থোকখ্রবা পঞ্চপাণ্ডবনা অহিংদা বন লোমদা চেনখি য়েক্লবগী অকিবাগী মশক ওইরবা পাণ্ডবশিংনা বারণাবত কৌবা নগর য়োৎনা মফম অদুদা পুকচেল চাওরবাশিংদুনা মমা কুন্তীগা লোয়ননা লৈখি। ধৃতরাষ্ট্রগী য়াথংনা চাগী শংদা লৈরনা পুরোচনবগী

আদীপ্য জাতুষং বেশ্ম দগ্ধ্বা চৈব পুরোচনম্। প্রাদ্রবন্ ভয়সংবিগ্ন মাত্রা সহ পরন্তপাঃ ॥২৩॥
দদৃশুর্দারুণং রক্ষো হিড়িম্বং বননির্ঝরে। হত্বা চ তং রাক্ষসেন্দ্রং ভীতাঃ সমববোধনাৎ ॥২৪॥
নিশি সম্প্রাদ্রবন্ পার্থা ধার্ত্তরাষ্ট্রভয়ার্দ্দিতাঃ। প্রাপ্তা হিড়িম্বা ভীমেন যত্র জাতো ঘটোৎকচঃ ॥২৫॥
একচক্রাং ততো গত্বা পাণ্ডবাঃ সংশিতব্রতাঃ। বেদাধ্যয়নসম্পন্নাস্তেঽভবন্ ব্রহ্মচারিণঃ ॥২৬॥
তে তত্র নিয়তাঃ কালং কঞ্চিদূষুর্নরর্ষভাঃ। মাত্রা সহৈকচক্রায়াং ব্রাহ্মণস্য নিবেশনে ॥২৭॥
তত্রাসসাদ ক্ষুধিতং পুরুষাদং বৃকোদরঃ। ভীমসেনো মহাবাহুর্বকং নাম মহাবলম্ ॥২৮॥
তঞ্চাপি পুরুষব্যাঘ্রো বাহুবীর্য্যেণ পাণ্ডবঃ। নিহত্য তরসা বীরো নাগরান্ পর্য্যসান্ত্বয়ৎ ॥২৯॥
ততস্তে শুশ্রুবুঃ কৃষ্ণাং পাঞ্চালেষু স্বয়ংবরাম্। শ্রুত্বা চৈবাভ্যগচ্ছন্ত গত্বা চৈবালভন্ত তাম্ ॥৩০॥
তে তত্র দ্রৌপদীং লব্ধ্বা পরিসংবৎসরোষিতাঃ। বিদিতা হাস্তিনপুরং প্রত্যাজগ্মুররিন্দমাঃ ॥৩১॥
ত উক্তা ধৃতরাষ্ট্রেণ রাজ্ঞা শান্তনবেন চ। ভ্রাতৃভির্বিগ্রহস্তাত! কথং বোন ভবেদিতি ॥৩২॥
অস্মাভিঃ খাণ্ডবপ্রস্থং ব্রজধ্বং গতমৎসরাঃ। তয়োস্তে বচনাজ্জগ্মুঃ সহ সর্বৈঃ সুহৃজ্জনৈঃ ॥৩৪॥
নগরং খাণ্ডবপ্রস্থং রত্নান্যাদায় সর্বশঃ। তত্র তে ন্যবসন্ পার্থাঃ সংবৎসরগণান্ বহূন্ ॥৩৫॥
বশে শস্ত্রপ্রতাপেন কুর্বন্তোঽন্যাম্ মহীভৃতঃ। এবং ধর্মপ্রধানাস্তে সত্যব্রতপরায়ণাঃ ॥৩৬॥

---

নাস্থোরকবা চহি অমা চুপনা মফম অদুদা চ্যেকশিন্না লৈখি, বিন্থরনা স্থরুং তৌদুনা মখোয়বু অহিংদা চেলহনখিবনি ॥২০-২২॥ চাগী শংবু পুরোচনগা লোয়ননা মৈদা থাদোক্লমহুনা খোইনা মিপাইরবা পঞ্চ পাণ্ডবনা মমাগা লোয়ননা বনদা চেনখি ॥ ২৩ ॥ পাণ্ডবশিংনা দুর্য্যোধনবু চিংনবলা অদুগা মীনা থংখিনি হায়না কিবনা অহিংদা বনদা অস্থম চেনখিবদা ইফুৎ অমগী ময়াদা লৈবা অকিথগী মশক ওইরবা হিড়িম্বা কৌবা হিংচাবা অমা উরে, মাবু হাৎলমলগা অতোপ্পা মফমদা অমুক চৎখি, মফম অদুদা হিড়িম্বী কৌবী হিংচাবী অমা ভীমনা উনখি, মাগী গর্ভদা ঘটোৎকচ পোকখি ॥ ২৪—২৫ ॥ অদুগী মতুংদা ব্রত কল্লবা পাণ্ডবশিংনা একচক্র কৌবা লমদা চৎখিদুনা মফম অদুদা ব্রহ্মচারী ওইদুনা বেদপুন্থা তম্বদা পুক্লিং চংখি॥২৬॥ মথোনা লৈরবা পাণ্ডবশিংনা একচক্র কৌবা মফম অদুদা কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ অমগী মযুমদা মতম-খরদং মমা কুন্তীগা লোয়ননা লৈখি ॥২৭॥ মফম অদুদা মপাক্লল কল্লবা ভীমনা লাল্লবা, মীচাবা, কল্লবা বক হায়না কৌবা হিংচাবা অমা উনরুরে ॥ ২৮ ॥ হিংচাবা অদু মথোনা লৈরবা কল্লবা ভীমনা মপাঙ্গোমগী পাঙ্গমা হাত্তুনা মফম অদুদা লৈবা মী পুম্ববু নুংঙাইহনখি ॥ ২৯ ॥

অদুগী মতুংদা পঞ্চাল দেশদা দ্রৌপদীগী স্বয়ম্বর তৌগদৌরি হায়বা তাদুনা মফম অদু তাম্না চত্তুনা দ্রৌপদীবু ফংখি ॥৩০॥ মফম অদুদা দ্রৌপদীবু ফংদুনা চহি অমা চুপ্পা লৈরগা য়েক্লবা ওল্লবা পাণ্ডবশিংনা খুদিং পুম্বনা খুংনরক্তুনা হস্তিনাপুরদা হল্লকখি॥৩১॥ ধৃতরাষ্ট্রগা ভীষ্মগা অনিনা পাণ্ডবশিংদা হায়খি :—"নচিন্ননাও নখোয় মশেল থৎনচৈনদনবা হায়দুনা ঐখোয়না মুল্লা খরক্তুনা খাণ্ডবপ্রস্থদা নখোয়বু থাদিখনি। নীয়াম্না তারবনি লমী থোং নুংঙাইনা শেল্লবনি। অদুনা নপুক্লিংদা করিগুম্বা নত্তবা, নুংঙাইতবা অমত্তা থনগদ্রু চৎলো, লৈরক্লো খাণ্ডবপ্রস্থা। অনিমী হায়নী পাণ্ডবশিং অদু মরূপমপাং লোয়ননা

অপ্রযত্নোত্থিতাঃ কান্তাঃ প্রতপন্তোঽহিতান্ বহূন্। জয়ন্তীমিসেনস্তু দিশং প্রাচীং মহাবলা ॥৩৭॥

উদীচীমর্জ্জুনো বীরা প্রতীচীং নকুলস্তথা। দক্ষিণাং সহদেবস্তু বিজিগ্যে পরবীরহা ॥৩৮॥

এবং চক্রুরিমাং সর্ব্বে বশে কৃৎস্নাং বসুন্ধরাম্। পঞ্চভিঃ সূর্য্যসঙ্কাশৈঃ সূর্য্যেণ চ বিরাজতা।

ষট্সূর্য্যেবাভবৎ পৃথবী পাণ্ডবৈঃ সত্যবিক্রমৈঃ ॥৩৯॥

ততো নিমিত্তে কস্মিংশ্চিদ্ধর্ম্মরাজো যুধিষ্ঠিরঃ। বনং প্রস্থাপয়ামাস তেজস্বী সত্যবিক্রমঃ ॥৪০॥

প্রাণেভ্যোঽপি প্রিয়তরং ভ্রাতরং সব্যসাচিনম্। অর্জ্জুনং পুরুষব্যাঘ্রং স্থিরাত্মানং গুণৈর্য্যুতম্ ॥৪১॥

স বৈ সংবৎসরং পূর্ণং মাসঞ্চৈকং বনেঽবসৎ। ততোঽগচ্ছদ্ধৃষীকেশং দ্বারবত্যাং কদাচন ॥৪২॥

লব্ধবাংস্তত্র বীভৎসুর্ভার্য্যাং রাজীবলোচনাম্। অনুজাং বাসুদেবস্য সুভদ্রাং ভদ্রভাষিণীম্ ॥৪৩॥

সা শচীব মহেন্দ্রেণ শ্রীঃ কৃষ্ণেনেব সঙ্গতা। সুভদ্রা যুযুজে প্রীত্যা পাণ্ডবেনার্জ্জুনেন হ ॥৪৪॥

অতর্পয়চ্চ কৌন্তেয়ঃ খাণ্ডবে হব্যবাহনম্। বীভৎসুর্বাসুদেবেন সহিতো নৃপসত্তম ! ॥৪৫॥

নাতিভারো হি পর্থাস্য কেশবেন সহাভবৎ। ব্যবসায়সহায়স্য বিষ্ণোঃ শত্রুবধেষ্বিব ॥৪৬॥

পার্থায়াগ্নির্দদৌ চাপি গাণ্ডীবং ধনুরুত্তমম্। ইষুধী চাক্ষয়ৈর্বাণৈ রথঞ্চ কপিলক্ষণম্ ॥৪৭॥

---

খাণ্ডবপ্রস্থ তাম্না মনিমুক্তা অয়াম্বা পুতুনা চৎথি। চহি মতম কয়া মফম অতুদা লৈখি। মপাঙ্গল অমদি খুৎলাই হৈবগী শক্তিনা নিংথৌ কয়াবু মথা পোলহনখি। মতৌ অসুম্না ধর্ম্মতনা মকওইবা উপায় ওইরবা, অচুম্বা ভাংবা ব্রতদা পুক্নিং চংলবা, তহা তহাদবা পঞ্চপাণ্ডবনা খাণ্ডপ্রস্থদা লৈনা লৈনা য়েক্লবা কয়াবু ভমখি মাইকৈ মন্নি দিগ্বিজয় তৌখি। মিংচৎ চাওরবা ভীমসেন্না নোংপোক মাইকৈ জয় তৌখি ॥ ৩২—৩৭॥ কল্লবা অর্জ্জুননা অন্নাং, নকুলনা নোংচুপ অমদি য়েকনবা ভম্রবা সহদেবনা মথা মাইকৈ জয় তৌখি ॥ ৩৮ ॥ মতৌ অসুম্না পৃথিবীগী মফম অয়াম্বা মথা পোলহনখি। মুমিৎকা মান্নবা ঝাশক চেৎলবা পাণ্ডব মঙাগা অতিয়াদা থোক্লিবা মুমিৎকা তরুক অসিনা মুমিৎ তরুক থোকপী পৃথিবী ওইখি ॥৩৯॥ অতুগী মতুংদা ঝাশক চেৎলবা, তেজ লৈরবা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা থবাইদগী হেন্না মুংশিরবা মীগী মসুংদা অংথাইবা, গুণখিবিক্না তিল্লবা, মবুক তপলবা মনাও অর্জ্জুনবু করিগুম্বা মরম অমগী হমক বনদা থাখি ॥৪০—৪১॥ অর্জ্জুননা চহি অমা চুপ্না বনদা লৈখি, নোংমা দ্বারকাদা চত্তুনা শ্রীকৃষ্ণগা উনখি ॥ ৪২ ॥

দ্বারকাদা অর্জ্জুননা, থম্বাল মিত্তা তারবী, ঋহৈখোনকম মুংশিবী শ্রীকৃষ্ণগী [illegible] সুপী সুভদ্রাবু কংখি ॥ ৪৩ ॥ ইন্দ্রগা লোয়ননা শচীনা লৈবগুম, নারায়নগা লোয়ননা [illegible] লৈবগুম পাংগুগী মচা নিপা অর্জ্জুনগা লোয়ননা, মুংশিননা সুভদ্রানা লৈখি ॥ ৪৪ ॥ হে [illegible] ! শ্রীকৃষ্ণগা তিঅতুনা কুন্তীগী মচা অর্জ্জুননা ইন্দ্রগী খাণ্ডব বনবু মিৎ কুপ্তনা অগ্নিদেবতাবু [illegible] ॥৪৫॥ মগী মথক্কী হোৎনবা অমদি শক্তিনা য়েক্নবা পুম্না [illegible] শ্রীবিষ্ণুদা [illegible] [illegible] [illegible] শ্রীকৃষ্ণনা সহায় ওইবনা অর্জ্জুনদা মাহ [illegible] ওইনা থোক্কে ॥ ৪৬ ॥ [illegible] অগ্নিদেবনা অর্জ্জুনদা গাণ্ডীব তিরুং, অমাং অত্তা লৈত্রবা [illegible] থাবা [illegible] অনি [illegible] য়োং তোংবা [illegible]

মোক্ষয়ামাস বীভৎসুর্বহ্নেঃ যত্র ময়াসুরম্ । স চকার সভাং দিব্যাং সর্বরত্নসমাচিতাম্ ॥৪৮॥

তস্যাং দুর্য্যোধনো মন্দো লোভং চক্রে সুদুর্মতিঃ । ততোঽক্ষৈর্বঞ্চয়িত্বা চ সৌবলেন যুধিষ্ঠিরম্ ॥৪৯॥

বনং প্রস্থাপয়ামাস সপ্ত বর্ষাণি পঞ্চ চ । অজ্ঞাতমেকং রাষ্ট্রে চ ততো বর্ষং ত্রয়োদশম্ ॥৫০॥

ততশ্চতুর্দ্দশে বর্ষে যাচমানাঃ স্বকং বসু । নালভন্ত মহারাজ ! ততো যুদ্ধমবর্ত্তত ॥৫১॥

ততস্তে ক্ষত্রমুৎসাদ্য হত্বা দুর্য্যোধনং নৃপম্ । রাজ্যং বিহতভূয়িষ্ঠং প্রত্যপদ্যন্ত পাণ্ডবাঃ ॥৫২॥

ধৃতরাষ্ট্রে গতে স্বর্গং বিদুরে পঞ্চতাং গতে । গময়িত্বা ক্রিয়াং স্বর্গাং রাজ্ঞামমিততেজসাম্ ॥৫৩॥

স্বং ধাম যাতে বার্ষ্ণেয়ে কৃষ্ণদারান্ প্ররক্ষ্য চ । মহাপ্রস্থানিকং কৃত্বা গতাঃ স্বর্গমনুত্তমম্ ॥৫৪॥

এবমেতৎ পুরাবৃত্তং তেষামক্লিষ্টকর্ম্মণাম্ । ভেদো রাজ্যবিনাশশ্চ জয়শ্চ জয়তাং বর ! ॥৫৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

আদিবংশাবতারণে ভারতসূত্রং নাম ষট্পঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ ॥৯॥

—=:(*):=—

---

রথবু পীখি ॥ ৪৭ ॥ অর্জ্জুননা খাণ্ডব বন থাবা মতম্দা ময় কৌবা দানবপু মৈরেকপী কনবিখি, মানা মনিমুক্তানা থামলবা নিংথিজরবা সভা মাণ্ডপ অমা পাণ্ডবশীদমক্তা শাখি ॥৪৮॥

পংলবা ফত্রবা দুর্য্যোধননা সভামাণ্ডপ অদু পামলে, অমদগী শকুনিগা তায়দুনা মীনম্বা চৌবনা যুধিষ্ঠিরবু লৌনমম্বনা চহি তরানিথোই বনদা অমগা চহি অমা লোৎপা হায়না মানদুনা পাক পাণ্ডবপু বনদা থাখি ॥৪৯—৫০॥ অদুদগী তরামরিশুবা চহিদা লৈপাক পীয়ু হায়না হায়জবদা ফংদ্রদুনা হে রাজন ! লাল থোকখি ॥৫১॥ অদদগী পাণ্ডবশিংনা ক্ষত্রিয় অয়াম্বা অমদি নিংথৌ দুর্য্যোধনবু লানদা হাত্তুনা লনথুম প্রজা অয়াম্বা, মাংখ্রবা লৈপাক ফংখি ॥ ৫২ ॥ ধৃতরাষ্ট্র অমদি বিদুরনা নোংগাখ্রবদা মতিক মগুণ চাওরবা শিখ্রবা নিংথৌশিংগী শ্রাদ্ধ তর্পন নাচিংবা তৌরবদা অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী থামদা লেংখ্রবদা (নোংগাখ্রবদা) লৈহৌরিবা মুপী অঙাং পুম্ববু য়েংক্রমলগা মহাপ্রস্থানগী লম্বীদা চত্তুনা অহেনবা স্বর্গবু ফংখি ॥৫৩–৫৪॥ জয় তৌবগী অখোইবা হে রাজন্ ! লায়না থবক পাংথোকপা ওম্বা পাণ্ডবশিংগী ঋারী অসে লীরবনি। কুরু পাণ্ডবশিংগী মন্নুংদা শুংভাইমন্নবা, লৈপাক মাংবা পাণ্ডবনা জয় তৌখিবগী ঋারী অসি শম্বা লীরবনি ॥ ৫৫ ॥

মসিদা শ্লোক চামনা থলবা, শ্রীব্যাসনা লেংবা মহাভারতকী অহানবা পর্ব্বগী

আদিবংশাবতারদা 'ভারতসূত্র' কৌবা য়াংথৈতরুক শুবা অধ্যায় লোইরে

—)•)—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব—আদিবংশাবতারণে মহাভারতপ্রশংসা

( য়াইখৎতরেৎ শুবা অধ্যায় )

—(০)—

জনমেজয় উবাচ ।

কথিতং বৈ সমাসেন ত্বয়া সর্বং দ্বিজোত্তম ! মহাভারতমাখ্যানং কুরূণাং চরিতং মহৎ ॥১॥

কথাং ত্বনঘ ! চিত্রার্থাং কথয়স্ব তপোধন ! । বিস্তরশ্রবণে জাতং কৌতূহলমতীব মে ॥২॥

স ভবান্ বিস্তরেণেমাং পুনরাখ্যাতুমর্হতি । ন হি তৃপ্যামি পূর্বেষাং শৃণ্বানশ্চরিতং মহৎ ॥ ৩ ॥

ন তৎ কারণমল্পং বৈ ধর্ম্মজ্ঞা যত্র পাণ্ডবাঃ । অবধ্যান্ সর্বশো জঘ্নুঃ প্রশস্যন্তে চ মানবৈঃ ॥৪॥

কিমর্থং তে নরব্যাঘ্রাঃ শক্তাঃ সন্তো হ্যনাগসঃ । প্রযুজ্যমানান্ সংক্লেশান্ ক্ষান্তবন্তো দুরাত্মনাম্ ॥৫॥

কথং নাগাযুতপ্রাণো বাহুশালী বৃকোদরঃ । পরিক্লিশ্যন্নপি ক্রোধং ধৃতবান্ বৈ দ্বিজোত্তম ! ॥ ৬ ॥

কথং সা দ্রৌপদী কৃষ্ণা ক্লিশ্যমানা দুরাত্মভিঃ । শক্তা সতী ধার্ত্তরাষ্ট্রান্ নাদহৎ ক্রোধচক্ষুষা ॥৭॥

কথং ব্যসনিনং দ্যূতে পার্থৌ মাদ্রীসুতৌ তদা । অন্বব্রজন্ত নরব্যাঘ্রা বাধ্যমানা দুরাত্মভিঃ ॥৮॥

কথং ধর্ম্মভৃতাং শ্রেষ্ঠঃ সুতো ধর্ম্মস্য ধর্ম্মবিৎ । অনর্হঃ পরমং ক্লেশং সোঢ়বান্ স যুধিষ্ঠিরঃ ॥৯॥

---

জনমেজয়না হায়খি :— হে ব্রাহ্মন অথোইবা ! কুরুবংশগী পাক চাওরবা মহাভারত কৌবা চরিত অসি সম্পৎনা ঐঙোন্দা লীখিরে ॥ ১ ॥ হে পাপ চেন্দ্রবা তপস্বী ! ৱারী পুম্নসে শন্দোক্লা লীবিয়ু, য়াম্না শন্দোক্লা তাজনিংঙি ॥ ২ ॥ সম্পৎনা হায়বিখ্রবা ময়ামদো শন্দোকনা অমুক লীবিয়ু । ইবুধৌশিংগী ৱারী অদো তানা তানা পেনবা হায়বা লৈত্রে ॥ ৩ ॥ হাৎকম থোক্তবা মতম, ধর্ম্ম খংলবা পাণ্ডবশিংনা হাৎখিঙ, লোকনা মখোয়বু হৌজিক ফাওবা প্রশংসা তৌরি, মাসিগী মরম অসি য়ামনা লৈরমখিনি ॥ ৪ ॥ কল্লবা ইবুধৌশিংদো মরালঙ্ক লৈতবনি, য়েকনবশিংবু ইলাই লাইনা জয় তৌবা ঙম্মনি ; অদুবু ফত্রবা য়েকনবশিংদুনা পীবা অৱাবশিং অদুবু করিগী খাংদুনা লৈখিবগে ? ॥৫॥ হে ব্রাহ্মণ অথোইবা ! শামু লিশিং তরাগী মপাঙ্গল কল্লবা ইবুধৌ ভীমনা অহক অৱাবা ফংলবা য়্যাউবদা অশাওববু করম থিংহনা থমখিবগে ? ॥ ৬ ॥

ফত্রবা শিংহনা অহ য়েৌনা অৱাবা পীরবাকাওবদা সতীগী অশাওবগী মিৎকী মৈরিতনা ধৃত-রাষ্ট্রগী মচাশিংবু করিগী চাকথেকহনবা ঙমখিদ্রিবনো ? ॥৭॥ দুর্য্যোধননা চিংবানা ওৎপা হৌরক্লবদা মীথোই মীয়ামবা ভীম, অর্জ্জুন, নকুল, সহদেবনা করিগী দমক ময়াম্বুং যুধিষ্ঠিরনা চৌবর শাল্লবদা তুমিন্না য়াম্না য়াওখিবনো ? ॥৮॥ ধর্ম্ম কৌরবশিংগী মনুংদা অথোইবা, ধর্ম্মরাজগী মচানিপা যুধিষ্ঠিরনা

কথঞ্চ বহুলাঃ সেনাঃ পাণ্ডবঃ কৃষ্ণসারথিঃ। অজয়দেকোঽনঘং সর্ব্বাঃ পিতৃলোকং ধনঞ্জয়ঃ ॥১০॥
এতদাচক্ষ্ব মে সর্ব্বং যথাবৃত্তং তপোধন!। যদ্যচ্চ কৃতবন্তস্তে তত্র তত্র মহারথাঃ ॥১১॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

শৃণু কুরু মহারাজ! বিপুলোঽয়মনুক্রমঃ। পুণ্যাখ্যানস্য বক্তব্যঃ কৃষ্ণদ্বৈপায়নেরিতঃ ॥১২॥
মহর্ষেঃ সর্বলোকেষু পূজিতস্য মহাত্মনঃ। প্রবক্ষ্যামি মতং কৃৎস্নং ব্যাসস্যামিততেজসঃ ॥১৩॥
ইদং শতসহস্রং হি শ্লোকানাং পুণ্যকর্ম্মণাম্। সত্যবত্যাত্মজেনেহ ব্যাখ্যাতমমিতৌজসা ॥১৪॥
য ইদং শ্রাবয়েদ্বিদ্বান্ যে চেদং শৃণুয়ুর্নরাঃ। তে ব্রহ্মণঃ স্থানমেত্য প্রাপ্নুয়ুর্দেবতুল্যতাম্ ॥১৫॥
ইদং হি বেদৈঃ সমিতং পবিত্রমপি চোত্তমম্। শ্রব্যাণামুত্তমঞ্চেদং পুরাণমৃষিসংস্তুতম্ ॥১৬॥
অস্মিন্নর্থশ্চ কামশ্চ নিখিলেনোপদেক্ষ্যতে। ইতিহাসে মহাপুণ্যে বুদ্ধিশ্চ পরিনৈষ্ঠিকী ॥১৭॥
অক্ষুদ্রান্ দানশীলাংশ্চ সত্যশীলাননাস্তিকান্। কার্ষ্ণং বেদমিমং বিদ্বান্ শ্রাবয়িত্বার্থমশ্নুতে ॥১৮॥
ভ্রূণহত্যাকৃতঞ্চাপি পাপং জহ্যাদসংশয়ম্। ইতিহাসমিমং শ্রুত্বা পুরুষোঽপি সুদারুণঃ ॥১৯॥
মুচ্যতে সর্ব্বপাপেভ্যো রাহুণা চন্দ্রমা যথা। জয়ো নামেতিহাসোঽয়ং শ্রোতব্যো বিজিগীষুণা ॥২০॥
মহীং বিজয়তে রাজা শত্রূংশ্চাপি পরাজয়েৎ। ইদং পুংসবনং শ্রেষ্ঠমিদং স্বস্ত্যয়নং মহৎ ॥২১॥

---

থাংবদা মতিক চাত্রবা অৱাবাশিংদুবু করিগী থাংখিৱবনো ? ॥৯॥ থুংলাই পায়দনা কৃষ্ণনা সারথি ওইরবা অর্জ্জুন মথন্তনা থোইনা হেন্না য়াম্নবা যেক্লবগী লান্মীবু করম্না পিতৃ লোকতা থাখিবা ? ॥১০॥ মহারথী-শিং অদুনা তৌখি তৌখিবা পুম্বা মথংশিংনা ঐঙোন্দা লিবিয়ু হে তপ কল্লবা ব্রাহ্মণ! ॥১১॥ বৈশম্পায়ণনা হায়খি— ভাইহাক্তা ভাইবিথো মহারাজ! চনিংতানা তাবিয়ু, মথংশিংনা থোকখিবা য়াম্না পাক চাওরবা ৱারীনি। কৃষ্ণদ্বৈপায়ণ বেদব্যাসগী য়াথং মতুং ইন্না মথংশিংনা লীথজরক্কে ॥ ১২ ॥

লোক অহুমনা পূজা তৌরবা, পুকচেল চাওরবা তেজ লৈরবা মহর্ষি ব্যাসগী মত কায়দনা সম্পূর্ণ মহাভারতপু লিজগে ॥ ১৩ ॥ চাংদমনিংঙাই লৈত্রবা তেজ অমদি জ্ঞাননা মহাককী ওইরবা সত্যবতীগী গর্ভদা পোক্লবা বেদব্যাসনা পুন্য চেল্লবা শ্লোক লিশিং চামনা মহাভারতপু লেংখি ॥১৪॥ (মাসিবু লীহনা তাহনবা মীদো অমদি তারিবা মীশিংদো ব্রাহ্মণগী থুবম ফংদুনা লাইমকী পাংথক ওইগনি ॥)১৫॥ মহাভারত হায়বসি বেদমককা মান্নবা থোইদোকনবু শেংলবা ঋষি পুম্বনা য়ারবা অমদি খংনবা নিংথিজবা বিষয়না থল্লবা 'শ্রব্য কাব্য' (তাগদবমক ওইবা কাব্য) অমনি ॥ ১৬॥ পুন্য চেল্লবা ইতিহাস অসিগী মনুংদা ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ পুম্বা অমদি তাইবংমীগী অরোইবা বুদ্ধিনা কংবা তত্ত্বজ্ঞানসু য়াওরি ॥ ১৭ ॥ থম্মোই ৱাংলবা, দান হৈরবা, অচুম্বা ঙাংবা, নাস্তিক নওবা শ্রোতাশিংদা বেদ অসিবু তাহল্লগা পণ্ডিতশিংনা লল থুমহু ফংনরিবনি ॥১৮॥ ভ্রূণহত্যা (অঙাং হৈথবা) অমদি তৌহৈদবা কর্ম্ম তৌরম্বা ফত্ত্রবা মী ফাওবা ইতিহাস অসি তারগা চিংনবা লৈতনা পাপ কোক্লনি ॥ ১৯॥

চন্দ্রমানা রাহুদগী নাম্মোকপগুম পুরাণ অসি তারগা তাইবংমীনা পাপতগী নাম্মোকনি। য়েক্লবা সংসারবু ঙমনিংবনা "জয়" কৌবা ইতিহাসসি তাগদবকনি ॥২০॥ মাসিবু তারবা নিংথৌনা পৃথিবী জয় তৌগনি, য়েকনববু মাইথীবা পীগনি, মচা পোক্তবনা মচা নিপা ফংগনি,

মহিষীযুবরাজাভ্যাং শ্রোতব্যং বহুশস্তথা। বীরং জনয়তে পুত্রং কন্যাং বা রাজভাগিনীম্ ॥২২॥
ধর্ম্মশাস্ত্রমিদং পুণ্যমর্থশাস্ত্রমিদং পরম্। মোক্ষশাস্ত্রমিদং প্রোক্তং ব্যাসেনামিতবুদ্ধিনা ॥২৩॥
ধর্ম্মে চার্থে চ কামে চ মোক্ষে চ ভরতর্ষভ। যদিহাস্তি তদন্যত্র যন্নেহাস্তি ন কুত্রচিৎ ॥২৪॥
সম্প্রত্যাচক্ষতে চেদং তথা শ্রোষ্যন্তি চাপরে। পুত্রাঃ শুশ্রূষবঃ সন্তি প্রেষ্যাশ্চ প্রিয়কারিণঃ ॥২৫॥
শরীরেণ কৃতং পাপং বাচা চ মনসৈব চ। সর্বং সন্ত্যজতি ক্ষিপ্রং য ইদং শৃণুয়ান্নরঃ ॥২৬॥
ধন্যং যশস্যমায়ুষ্যং পুণ্যং স্বর্গ্যং তথৈব চ। কৃষ্ণদ্বৈপায়নেনেদং কৃতং পুণ্যচিকীর্ষুণা ॥২৭॥
কীর্ত্তিং প্রথয়তা লোকে পাণ্ডবানাং মহাত্মনাম্। অন্যেষাং ক্ষত্রিয়াণাঞ্চ ভূরিদ্রবিণতেজসাম্।
সর্ববিদ্যাবদাতানাং লোকে প্রথিতকর্ম্মণাম্ ॥২৮॥
য ইদং মানবো লোকে পুণ্যার্থে ব্রাহ্মণান্ শুচীন্। শ্রাবয়েত মহাপুণ্যং তস্য ধর্মঃ সনাতনঃ ॥২৯॥
কুরূণাং প্রথিতং বংশং কীর্ত্তয়ন্ সততং শুচিঃ। বংশমাপ্নোতি বিপুলং লোকে পূজ্যতমো ভবেৎ ॥৩০॥
যোঽধীতে ভারতং পুণ্যং ব্রাহ্মণো নিয়তব্রতঃ। চতুরো বার্ষিকান্ মাসান্ সর্বপাপৈঃ প্রমুচ্যতে ॥৩১॥
বিজ্ঞেয়ঃ স চ বেদানাং পারগো ভারতং পঠন্। দেবা রাজর্ষয়ো হ্যত্র পুণ্যা ব্রহ্মর্ষয়স্তথা ॥৩২॥
কীর্ত্ত্যন্তে ধূতপাপ্মানঃ কীর্ত্ত্যতে কেশবস্তথা। ভগবাংশ্চাপি দেবেশো যত্র দেবী চ কীর্ত্ত্যতে ॥৩৩॥

---

মসিনা অথোইবা ধর্ম্মানুষ্ঠাণনি ॥ ২১ ॥ মহারানী যুবরাজনা হন্না হন্না তাগদবনি। অকনবা মচা পোক্কনি, লৈপাক্কী মপু ওইবী কন্যা ফংগনি ॥ ২২ ॥ ধর্ম্মশাস্ত্র অর্থসাস্ত্র ওইরবা, তারগা লান্নবা শাস্ত্রসু ওইরবা ইতিহাসবু জ্ঞানী ওইরবা ব্যাসনা লেংথিবনি ॥ ২৩ ॥ ভরত শাগেগী অথোবা ! ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষগী মরমদা মাসিদা য়াওবা অমুপ অতে অমদা য়াওদ্রবনি; মাসিদা য়াওদবা অমতা অতৈদসু য়াওদ্রবনি ॥ ২৪ ॥ হৌজিকমকসু সাধু মহাত্মাশিংনা পাঠ তৌনরি, মতুংদসু তৌনা-হৌগনি। মচামশুশিং তানিংহৌগনি, চান্নবা মনাই মশনসু তানিংহৌগনি ॥ ২৫ ॥ হকচাংনা, চিন্না পুকনিংনা তৌখিবা পাপ অপুম্বা থুনা কোক্কনি, মাসিবু তারবা অতুগী ॥ ২৬ ॥ মহাত্মা ওইরবা পাণ্ডবশিংগী অমদি, মতিক মগুণ চাওরবা, বিদ্যা পুম্বা হৈরবা, অথোইবা কর্ম্ম তৌখিবা অমদি মরন মথুম লৈরবা অতোপ অতোপ্পা ক্ষত্রিয়শিংগী মিংচৎ শন্দোকলমগে অমদি অতোপ্পসু পুণ্য চেলহনগে হায়দুনা ব্যাসনা ভারত লেংথিবনি। অহনা মহাভারতনা লল, মিংচৎ, পুনশি, পুণ্য-স্বর্গ পোক্কহনবনি ॥ ২৭-২৮ ॥ পুণ্যগীদমক্তা পুকচেল শেংলবা ব্রাহ্মণশিংদা মহাপুণ্য চেন্নবসিবু তাহনবা, মী মহাকী ধর্ম্ম লেংদ্রবনি ॥ ২৯ ॥ পুকনিং হকচাং শেংলবা মীনা, ফাওরবা কুরুবংশবু তারগা য়াম্নবা বংশ কংহৌ-গনি, লোক্তা ইকাইখুমনবা ফংগনি ॥ ৩০ ॥ অহংশুম্বা ব্রাহ্মণনা নিয়ম কায়দনা পুণ্য চেনবা ভারতপু বর্ষাগী থা মরি চুপ্পা তাররা, মহাকতু পাপ পুম্নমক্তগী কোক্কনি ॥ ৩১ ॥ মতম অয়াম্বদা মহাভারতপু তারিবা তাহরিবা মহাকপু বেদ পুম্বা খংলবনি থংগনি। করমদি মহাভারত অসিদা দেবতাশিংগী, ধর্ম্ম চেনবা নিংথৌশিংগী, পাপ য়াওদ্রবা ঋষিশিংগী, শ্রীনারায়নগী, ভগবান মহাদেবগী অমদি ভারতী পার্ব্বতীগী বর্ণণ পুম্বা য়াওদ্রবনি ॥ ৩২-৩৩ ॥

---

টীকা— মমক্ষ অসিদা "ব্রাহ্মণ" হায়রবসিদা মহান ঔরবা অশেংবসেদবু পাংকনবনি ॥

অনেকজননো যত্র কার্ত্তিকেয়স্য সম্ভবঃ । ব্রাহ্মণানাং গবাঞ্চৈব মাহাত্ম্যং যত্র কীর্ত্ত্যতে ।।৩৪।।

সর্বশ্রুতিসমূহোঽয়ং শ্রোতব্যো ধর্মবুদ্ধিভিঃ । য ইদং শ্রাবয়েদ্বিদ্বান্ ব্রাহ্মণানিহ পর্বসু ।

ধূতপাপ্মা জিতস্বর্গো ব্রহ্ম গচ্ছতি শাশ্বতম্ ।।৩৫।।

শ্রাবয়েদ্ব্রাহ্মণান্ শ্রাদ্ধে যশ্চেমং পাদমন্ততঃ । অক্ষয্যং তস্য তচ্ছ্রাদ্ধমুপাবর্ত্তেৎ পিতৄনিহ ।।৩৬।।

অহ্না যদেনঃ ক্রিয়তে ইন্দ্রিয়ৈর্মনসাপি বা । জ্ঞানাদজ্ঞানতো বাপি প্রকরোতি নরশ্চ যৎ

তন্মহাভারতাখ্যানং শ্রুত্বৈব প্রবিলীয়তে ।।৩৭।।

ভরতানাং মহজ্জন্ম মহাভারতমুচ্যতে । নিরুক্তমস্য যো বেদ সর্বপাপৈঃ প্রমুচ্যতে ।।৩৮।।

ভরতানাং যতশ্চায়মিতিহাসো মহাদ্ভুতঃ । মহতো হ্যেনসো মর্ত্ত্যান্ মোচয়েদনুকীর্ত্তিতঃ ।।৩৯।।

ত্রিভির্বর্ষৈর্মহাভাগঃ কৃষ্ণদ্বৈপায়নোঽব্রবীৎ । নিত্যোত্থিতঃ শুচিঃ শক্তো মহাভারতমাদিতঃ ।।৪০।।

তপোনিয়মমাস্থায় কৃতমেতন্মহর্ষিণা । তস্মান্নিয়মসংযুক্তৈঃ শ্রোতব্যং ব্রাহ্মণৈরিদম্ ।।৪১।।

কৃষ্ণপ্রোক্তামিমাং পুণ্যাং ভারতীমুত্তমাং কথাম্ । শ্রাবয়িষ্যন্তি যে বিপ্রা যে চ শ্রোষ্যন্তি মানবাঃ ।

সর্বথা বর্ত্তমানা বৈ ন তে শোচ্যাঃ কৃতাকৃতৈঃ ।।৪২।।

নরেণ ধর্ম্মকামেন সর্বঃ শ্রোতব্য ইত্যপি । নিখিলেনেতিহাসোঽয়ং ততঃ সিদ্ধিমবাপ্নুয়াৎ ।।৪৩।।

ন তাং স্বর্গগতিং প্রাপ্য তুষ্টিং প্রাপ্নোতি মানবঃ । যাং শ্রুত্বৈব মহাপুণ্যমিতিহাসমুপাশ্নুতে ।।

শৃণ্বন্ শ্রাদ্ধঃ পুণ্যশীলঃ শ্রাবয়ংশ্চেদমদ্ভুতম্ । নরঃ ফলমবাপ্নোতি রাজসূয়াশ্বমেধয়োঃ ।।৪৪।।

---

মাসিগী মনুংদা অচৌবা মুনি ঋষি নিংথৌ কয়াগী অমসুং কার্ত্তিকেয়গী মপোক্কী ৱারি অমদি অদুগা ব্রাহ্মণ শনবী কয়াগী মাহাত্ম্যগী বর্নন য়াওরবনি ।।৩৪।। ধর্ম্মগী ৱাখল লৈরবা মীশিংনা বেদ পুম্বগী মশক ওইরবা পুরাণসিবু তাগদবনি । ব্রাহ্মণশিংদা করিগুম্বা পর্ব অম থোকপদা তাহল্লিবা মী অদু পাপ পুম্বা কোক্তুনা স্বর্গবুসু ঙমদুনা লেংত্রবা ব্রাহ্মণগী থুবম ফংগনি ।।৩৫।। কনাগুম্বনা শ্রাদ্ধগী মুমিত্তা শ্লোককী পাদ অমতা ওইরবসু ব্রাহ্মণশিংদা শ্রবণ তৌহল্লবদি মহাক্কী শ্রাদ্ধ অদু অমাং অতা লৈতনা পিতৃলোগ শোয়দনা য়ৌগনি ॥ ৩৬ ॥ ইন্দ্রি মশানা নত্রগা পুকনিংনা নোংমদা থংনা ওইরবসু থংহৌদনা ওইরবসু তৌরুবা পাপ অদু মহাভারতকী ৱারী মতাং অমতং তাবদা কোকই ।। ৩৭ ।। ভরতবংশদা পোকপা অচৌবাশিংগী জীবনচরিতপু মহাভারত কৌই। মাসিগী অকুপ্পা অর্থবু থংবা মীদো পাপ পুম্বদগী নাম্থোকই ॥ ৩৮ ॥ ভরতবংশদা পোকখিবশিংগী অঙকপা ইতিহাসনি। মাসিবু পাঠ তৌবা মীদু অচৌবা পাপতগী কোকই অতৈসু কোকহল্লি ।। ৩৯ ॥

নোঙ্মা কল্লবা, পুকচেল শেংলবা অমসুং রচনা হৈরবা বেদ ব্যাসনা চহি অহুমগী মতুংদা আদি পর্বদগী হৌরবা ফাওবা মহাভারত লেংখি ।।৪০।। মহর্ষি ব্যাসনা অকনবা তপ, নিয়ম তৌদুনা লেংখিবা পুরাণনি অদুনা জ্ঞানলৈবা পুকচেল শেংবা মীশিংনসু মাসিবু তপ নিয়ম ব্রত তৌদুনা তাগদবা ওই ॥ ৪১ ॥ বেদব্যাস কৃষ্ণদ্বৈপায়ণনা হায়বা পুণ্য চেনবা ভারতকী কথাবু তাহল্লিবা তত থংলবা জ্ঞানীশিং অমদি তারিবা মীশিংদো অক কক্ত্র লাইদা চংলবসু প্রারব্ধ কুকর্ম্মদগীদি লাম্থোকলে ।।৪২।। ধর্ম্ম পাম্বা মীনা ইতিহাস অসে মপুং ফানা তাগদবনি। মাদুত্তা মাসী মীংবা ফুংগনি ॥ ৪৩ ॥ স্বর্গ ফংলগা

যথা সমুদ্রো ভগবান্ যথা মেরুর্মহাগিরিঃ। উভৌ খ্যাতৌ রত্ননিধী তথা ভারতমুচ্যতে ॥৪৬॥
ইদং হি বেদৈঃ সমিতং পবিত্রমপি চোত্তমম্। শ্রাব্যং শ্রুতিসুখঞ্চৈব পাবনং শীলবর্দ্ধনম্ ॥৪৭॥
য ইদং ভারতং রাজন্! বাচকায় প্রযচ্ছতি। তেন সর্ব্বা মহী দত্তা ভবেৎ সাগরমেখলা ॥৪৮॥
পারীক্ষিত! কথাং দিব্যাং পুণ্যায় বিজয়ায় চ। কথ্যমানাং ময়া কৃৎস্নাং শৃণু হর্ষকরীমিমাম্ ॥ ৪৯ ॥
ত্রিভির্বর্ষৈঃ সদোত্থায়ী কৃষ্ণদ্বৈপায়নো মুনিঃ। মহাভারতমাখ্যানং কৃতবানিদমদ্ভুতম্ ॥৫০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
আদিবংশাবতারণে মহাভারতপ্রশংসা নাম সপ্তপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

—০ঃ০—

---

ফংবা মুংঙাইবহমক্রা পেনবা ভমন্ত্রবা মী অদুনা ভারতকী কথা তারগা মহাপুণ্য ফংদুনা অপেনবা ফংগনি ॥ ৪৪ ॥ ধর্ম্মবু থাজবা আস্তিক ওইবা মীনা অঙকপা ইতিহাসসিবু তারগা রাজসূয় অশ্বমেধ যজ্ঞ অনিমকী ফল ফংঙি ॥ ৪৫ ॥

মহাসমুদ্র, মেরুচীংজাও অনিবু রতন পুম্বগী থোক্লফমনি হায়বগুম মহাভারতপু অদুগুম্না হায়রবা য়াই ॥ ৪৬ ॥ বেদগা অক্মা ওইরবা, অশেংবদগীসু শেংবা, লমচৎ চাওখৎনবা, তাবদসু মুংঙাইরবা ইতিহাসসিবু তাগদবনি ॥৪৭॥ ( মহারাজ! মহাভারতকী সম্পূর্ণ গ্রন্থবু পাঠ তৌরিবা মীদা কৎলবদি সমুদ্রনা মেখলা ওইনা কোয়রিবা পৃথিবী পুম্বা দান তৌবগী মহৈ ফংঙি)॥৪৮। হে জনমেজয় মহারাজ! ঐনা নীগদৌরিবা মুংঙাইরবা সম্পূর্ণ ভারতকী কথাসে ধর্ম্ম অমদি জয় ফংনবা পুক্নিং চংনা তাবিয়ু ॥৪৯॥ কৃষ্ণদ্বৈপায়ণ ব্যাস মুনিনা মতম লৈবখিবিক্তা পাঠক্রম তৌদুনা চহি অহুমদা মহাভারত কৌবা অঙকপা ইতিহাসসিবু লোইনা লেংখি ॥ ৫০ ॥

মসিদা শ্লোক লিশিং চামনা, থল্লবা শ্রীব্যাসনা লেংবা মহাভারতকী অহানবা পর্ব্বগী 'আদিবংশবতারনে মহাভারতপ্রসংসা' কৌবা য়াথৈতরেৎ শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

—ঃ০ঃ—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব—আদিবংশাবতারণে ব্যাসাদ্যুৎপত্তিঃ

(ত্রয়ষষ্টিতম অধ্যায়)

—(*)—

বৈশম্পায়ন উবাচ।

রাজোপরিচরো নাম ধর্ম্মনিত্যো মহীপতিঃ। বভূব মৃগয়াশীলঃ শশ্বৎ স্বাধ্যায়বান্ শুচিঃ ॥১॥

স চেদিবিষয়ং রম্যং বসুঃ পৌরবনন্দনঃ। ইন্দ্রোপদেশাজ্জগ্রাহ রমণীয়ং মহীপতিঃ ॥২॥

তমাশ্রমে ন্যস্তশস্ত্রং নিবসন্তং তপোনিধিম্। দেবাঃ শক্রপুরোগা বৈ রাজানমুপতস্থিরে ॥৩॥

ইন্দ্রত্বমর্হো রাজায়ং তপসেত্যনুচিন্ত্য বৈ। তং সান্ত্বেন নৃপং সাক্ষাত্তপসঃ সংন্যবর্ত্তয়ন্ ॥৪॥

দেবা ঊচুঃ।

ন সঙ্কীর্য্যেত ধর্ম্মোহয়ং পৃথিব্যাং পৃথিবীপতে!। ত্বয়া হি ধর্ম্মো বিধৃতঃ কৃৎস্নং ধারয়তে জগৎ ॥৫॥

ইন্দ্র উবাচ।

লোকে ধর্ম্মং পালয় ত্বং নিত্যযুক্তঃ সমাহিতঃ। ধর্ম্মযুক্তস্ততো লোকান্ পুণ্যান্ পশ্যসি শাশ্বতান্ ॥৬॥

দিবিষ্ঠস্য ভুবিষ্ঠস্ত্বং সখা ভূত্বা মম প্রিয়ঃ। রম্যঃ পৃথিব্যাং যো দেশস্তমাবস নরাধিপ! ॥৭॥

পশব্যশ্চৈব পুণ্যশ্চ প্রভূতধনধান্যবান্। স্বারক্ষ্যশ্চৈব সৌম্যশ্চ ভোগ্যৈর্ভূমিগুণৈর্বৃতঃ ॥৮॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়খি ঃ—মতম লৈবথিবিক্তা ধর্ম্ম খংলবা বেদ পাঠদা পুক্নিং চংলবা, শেংলবা অমদি মৃগয়া চৎকল্লবা পরিচর কৌবা নিংথৌ অমা লৈরম্মি ॥১॥ পুরুবংশগী নিংথৌ উপরিচরবসু হায়বসি ইন্দ্রগী পাওতাক মতুংইন্না মহৌশানা ফজরবা, মহৈমরোং চূমলবা চেদি কৌবা লৈপাক্তা লৈখি ॥২॥ ক্ষত্রিয়গী খুৎলাই পুম্বা থাদোক্তুনা তপোবনদা চৎতুনা লাই নিংখি, ইন্দ্রনচিংবা লাইয়ামনা নোংমা তপোবন অদুদা থুংখি ॥৩॥ মানা তৌরিবা তপস্যা সিমক্তুনা ইন্দ্রগী পদবী ফংবা মতিক চারবা নিংথৌনি হায়বসি খল্লগনা লাইয়ামনা সাক্ষাৎ ওইনা লাকতুনা নিংথিবা ৱাহৈনা মহাকপু তপস্যাদগী হন্দোকহল্লম্মি ॥৪॥ দেবতাশিংনা হায়খি— মহারাজ! হৌজিক পৃথিবীদা ধর্ম্ম অসি মুত্রি, হন্থত্রি, মহারাজনা তপস্যাগী ধর্ম্ম অসি পাযতুনা ভাক্তুনা লৈরি, মসিতনা জগৎ পুম্বা পুন্না লৈরিবনি ॥৫॥ মহারাজ! মহারাজনা সুমিৎথুদিং পুকচেল হোংদনা নোম্বাকনবা অমদি ধর্ম্ম খংবা ওইদুনা মতম কুইনা পৃথিবীদা লৈদুনা ধর্ম্মবু ভাকপিয়ু। মাদুগী মহৈনা মমৈথংদা পুণ্য চেনবতনা ফংগদবা লেংদ্রবা ব্রহ্মলোকপু ফংবিগনি ॥৬॥

স্বর্গদা নিংথৌ ওইরিবা ঐগী চাম্নবা মরূপ হায়ববু পৃথিবীদা নিংথৌ ওইরিবা মহারাজ! নহাক্নি, পৃথিবীগী মনুংদা নিংথিজরবা পুণ্য চেন্নবা, শা-শন্না থল্লবা, ললথুম ফৌ চেংনা থল্লবা, স্বর্গগী মত্তৌগুম ওইবা, লোম্নৌবা মাবা গুণ পুম্বনা থল্লবা, ইংলবা দেশ অসিদা অমুম্বক লৈবিয়ু ॥৭-৮॥

অর্থবানেষ দেশো হি ধনরত্নাদিভির্যুতঃ। বসুপূর্ণা চ বসুধা বস চেদিষু চেদিপ ॥৯॥
ধর্ম্মশীলা জনপদাঃ সুসন্তোষাশ্চ সাধবঃ। ন চ মিথ্যাপ্রলাপোঽত্র স্বৈরেষ্বপি কুতোঽন্যথা ॥ ১০ ॥
ন চ পুত্রা বিভজন্তে পুত্রা গুরুহিতে রতাঃ। যুঞ্জতে ধুরি নো গাশ্চ কৃশান্ সন্ধুক্ষয়ন্তি চ ॥১১॥
সর্ব্বে বর্ণাঃ স্বধর্ম্মস্থাঃ সদা চেদিষু মানদ। ন তেঽস্ত্যবিদিতং কিঞ্চিত্ত্রিষু লোকেষু যদ্ভবেৎ ॥১২॥
দেবোপভোগ্যং দিব্যঃ ত্বামাকাশে স্ফাটিকং মহৎ। আকাশগং ত্বাং মদ্দত্তং বিমানমুপপৎস্যতে ॥১৩॥
ত্বমেকঃ সর্ব্বমর্ত্ত্যেষু বিমানবরমাস্থিতঃ। চরিষ্যস্যুপরিস্থো হি দেবো বিগ্রহবানিব ॥১৪॥
দদামি তে বৈজয়ন্তীং মালামম্লানপঙ্কজাম্। ধারয়িষ্যতি সংগ্রামে যা ত্বাং শস্ত্রৈরবিক্ষতম্ ॥১৫॥
লক্ষণঞ্চৈতদেবেহ ভবিতা তে নরাধিপ! ইন্দ্রমালেতি বিখ্যাতং ধন্যমপ্রতিমং মহৎ ॥১৬॥
যষ্টিঞ্চ বৈণবীং তস্মৈ দদৌ বৃত্রনিষূদনঃ। ইষ্টপ্রদানমুদ্দিশ্য শিষ্টানাং প্রতিপালিনীম্ ॥১৭॥
এবং সংসাধ্য নৃপতিং তপসঃ সন্ন্যবর্ত্তয়ৎ। প্রযযৌ দৈবতৈঃ সার্দ্ধং কৃত্বা কার্য্যং দিবৌকসাম্ ॥১৮॥
ততস্তু রাজা চেদীনামিন্দ্রাভরণভূষিতঃ। ইন্দ্রদত্তং বিমানং তদাস্থায় প্রযযৌ পুরীম্ ॥১৯॥

---

চেদি কৌবা দেশ অসে ধন রত্ননা থল্লবা লমনি। ললথুম, শনালুপা ধাতুখিবিক্লা তিল্লবী পৃথিবীনি পৃথিবী অসিগী মপুংদা লৈরিবা নিংথিররা চেদি লৈপাক্তা হে চেদিরাজ! অস্থম্মক লৈবিয়ু ॥ ৯ ॥ লৈপাক অসিদা লৈবা মী পুমনমক, ধর্ম্ম চেল্লি, পেলগল্লি মীগী কান্নবগীতা থাখল খল্লি। মনিং মথা তমনা থারী থাতাই শাবা ফাওবা মীনম্বা য়াওদে, অতৈদদি করিগী যাওগনি ॥১০॥ মপানা মচাযু তোঙানবনি খন্দুনা মাগীদমক মরল মথুম তোঙানবা খায়দোকপা হায়বা লৈতে, মচানা মপাগীদমক্তা খন্দুনা লৈ। শনবু অকম্বা পুহন্দে, অশোনবা শনবু য়োক্তুনা কলহল্লি ॥ ১১ ॥ হে গুরুজনগী সেবা থংলবা! চেদি লৈপাকত্তা ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্য শূদ্র জাৎ পুম্নমক মাগী মাগী ধর্ম্মদা কায়দনা চৎলি মরোল অহুমদা লৈবা করম্বা পোৎ গুণ অমতা মহারাজনা খংদবা য়াওবগে ॥১২॥

মহারাজ! নংগীদমক্তা নিংথিজরবা লাইশিংতনা তোংগদবা ওইবা, অতিয়াদা কোইপাই পাইবা য়াবা মণিমুক্তা লিকলাইদনা থাম্নবা রথ অমা মহারাজদা দান তোগে হায়না থমলি, মাতু মহারাজগী মফমদা থুংলরনি ॥১৩॥ মর্ত্ত্যলোক অসিদা মহারাজতনি অথোইবা, বিমান অহুদা তোংহনা লাইমক্তী মূর্ত্তি লৌহনা অতিয়াদা কোইচৎ চৎপিয়ু ॥১৪॥ করিগুম্বা মতমদা লৈমন চম্লরোইদবা থম্বালগী পরেং বৈজয়ন্তী মালা কৌবসি মহারাজদা দান তৌগনি, মাসি শিন্দুনা লালদা চংলবদা মালা অসিনা মহারাজবু থুংলাইনা শোকহল্লোই ॥১৫॥ মহারাজ মালা অসে জগত্তা ইন্দ্রমালা হায়না কাওরিবনি অতে অমগা পান্দমনিংঙাই লৈত্রবনি। মাসিনা মহারাজগী অতোপ্পা থুদম অমা ওইনা লৈরগদবনি ॥ ১৬ ॥ বৃত্রাসুর হাৎখ্রবা ইন্দ্রনা সাধু ওইবা খিবিকপু ঙাকননবা উপরিচর নিংথৌগী মফমদা মাগী পেম্নবা থাগী রাজদণ্ড অমা দান তৌখি ॥ ১৭ ॥ মতৌ অসুমনা ইন্দ্রনা নিংথৌবু পেলহনগা তপস্যা তৌবা তোকহনখি, তৌগদবা থবক পাংথোক্লমলগা দেবতা খিবিক্তা লোয়নগা স্বর্গদা চৎখি ॥ ১৮ ॥

অদুগী মতুংদা চেদি লৈপাকী নিংথৌনা ইন্দ্রগী আভরণ পুম্নমক্তা লৈতেংহনা ইন্দ্রনা পীরবা-

তস্যাঃ শক্রস্য পূজার্থং ভূমৌ ভূমিপতিস্তদা। প্রবেশং কারয়ামাস সর্বোৎসববরং তদা ॥২০॥
মার্গশীর্ষে মহারাজ! পূর্ব্বপক্ষে মহামখম্। ততঃ প্রভৃতি চাদ্যাপি যষ্টেঃ ক্ষিতিপসত্তমৈঃ ॥২১॥
প্রবেশঃ ক্রিয়তে রাজন্! যথা তেন প্রবর্ত্তিতঃ। অপরেদ্যুস্ততস্তস্যাঃ ক্রিয়তেঽভ্যুচ্ছ্রয়ো নৃপৈঃ ॥২২॥
অলঙ্কৃতায়াঃ পিটকৈর্গন্ধমাল্যৈশ্চ ভূষণৈঃ। মাল্যদামপরিক্ষিপ্তা বিধিবৎ ক্রিয়তেঽপি চ ॥২৩॥
উদ্ধৃত্য পিটকে চাপি দ্বাদশারত্নিকোচ্ছ্রয়ে। মহারজনবাসাংসি পরিক্ষিপ্য ধ্বজোত্তমম্ ॥২৪॥
বাসোভিরন্নপানৈশ্চ পূজিতৈর্ব্রাহ্মণর্ষভৈঃ। পুণ্যাহং বাচয়িত্বাথ ধ্বজ উচ্ছ্রীয়তে তদা ॥২৫॥
শঙ্খভেরীমৃদঙ্গৈশ্চ সংনাদঃ ক্রিয়তে তদা। ভগবান্ পূজ্যতে চাত্র যষ্টিরূপেণ বাসবঃ ॥২৬॥
স্বয়মেব গৃহীতেন বসোঃ প্রীত্যা মহাত্মনঃ। মণিভদ্রাদয়ো যক্ষাঃ পূজ্যন্তে দৈবতৈঃ সহ ॥২৭॥
নানাবিধানি দানানি দত্ত্বার্থিভ্যঃ সুহৃজ্জনৈঃ। অলঙ্কৃত্বা মাল্যদামৈর্বস্ত্রৈর্নানাবিধৈস্তথা ॥২৮॥
দৃতিভিঃ সজলৈঃ সর্বৈঃ ক্রীড়িত্বা নৃপশাসনাৎ। সভাজয়িত্বা রাজানং কৃত্বা নর্ম্মাশ্রয়াঃ কথাঃ ॥২৯॥
রমন্তে নাগরাঃ সর্বে তথা জানপদৈঃ সহ। সূতাশ্চ মাগধাশ্চৈব রমন্তে নটনর্ত্তকাঃ ॥৩০॥
প্রীত্যা তু নৃপশার্দ্দূল। সার্ব চক্রুর্মহোৎসবম্। সান্তঃপুরঃ সহামাত্যঃ সর্বাভরণভূষিতঃ ॥৩১॥

---

বিমানদা তোংলগ্নবা মহাক্কী কোম্নুংদা হনজিনখি ॥১৯॥ কোম্নুংদা চৎখ্রগা নিংথৌ উপরিচরনা ইন্দ্রগী পূজাগীদমক অগ্রহায়ন থাগী শুক্লপক্ষদা নিংথিজনা যাগযজ্ঞ উৎসব তৌগনা ইন্দ্রনা পীরম্বা বেণুযষ্টী (ৱাগী চৈশু) অদু কোম্নুং মনুংদা পুশিল্লি। অদুদগী হৌনা ঙসিফাওবা কোম্নুংদা চৈ পুশিনবা উৎসব অসি তৌনরি। অদুগী মতুং নোংমা কোনবদা চৈ অদুবু মনম মুংশিবা লৈশু অমদি মখল মখাঅয়াম্বা লৈতেংন লৈতেংহনা ইন্দ্রযষ্টি অদু থাংগৎলি, বিধি কাযদদা লৈপরেংনা যেৎশিলি অমসুং ইন্দ্র যষ্টিগী পূজা তৌই ॥২০-২৩॥ উপরিচর কৌরা নিংথৌনা ইন্দ্রযষ্টি অদুবু লৈ শুনা লৈতেংহনা মমল য়াম্বা ফিনা য়েৎশিন্দুনা ফিরান শাদুনা খুদুপ তরানিথোই ৱাংবা বেদি মথক্তা যুংখৎলি। মতুংদা অচা অথক মখল মখল অমদি ফিরোন্না ব্রাহ্মণশিংবু পেলহন্দুনা ফিরান অদুবু পুণ্যাহবাচন (মন্ত্রযজ্ঞনা লৈসি লৈথোনবা) তৌদুনা বেদি অদুদা য়ুংহনা থম্মি ॥২৪-২৫॥ পুংশেল মোইবুং খোঙ্গেম্ন, ভগবান্ ইন্দ্রবু যষ্টিগী মওংদা পূজা তৌই ॥২৬॥

উপরিচর হায়বা নিংথৌ মশামকনা বসু কৌবা দেবতাগী প্রীতিগী দমক পূজাগী পোৎচৈ অমদি ধূপ থাওমৈনা মণিভদ্রনাচিংবা যক্ষশিংবু পূজা তৌথি ॥২৭॥ অদুগী মতুংদা মখল মখা অয়াম্বা লৈশু অমদি ফীজোন্না লৈতেংহনা নগরদা লৈবা মী পুমনমকনা অতিথিশিংদা পোৎচৈ মখল মখল দান তৌদুনা অদুগী মতুংদা নিংথৌ য়াথং লৌরগা মরূপ মপাং পুমনমক্কা লোয়ননা ইশিংদা কুমথদুনা ঙা খিবিক্কা শান্নমিন্নৈ, কুমৈ মখল মখল্লা নোকথেম্বা নিংথৌ অদুবু পেলহল্লি। অদুদগী সূত অমদি বৈতালিক, নৃত্যকী শাবীশিংনা ফ্রাউডশিংগা লোয়ননা উৎসব অদু পাংথোকই ॥২৮-৩০॥ হে মহারাজ প্রজাপুন্সা লোয়ননা মক্তৌ অমুম্মনা উপরিচর কৌবা নিংথৌনা উৎসব অদু মুংডাইনা পাংথোকখি অমুগী মনুংদা অন্তঃপুর মচুবনা চন্দ্রী খিবিক্কা লোয়ননা মখল মখা অয়াম্বা আভরণনা লৈতেংদুনা ফজবা

মহাত্মজনবাসাংসি বসিত্বা চেদিরাট্ তদা। জ্ঞাতিভিঃ সুহৃদ্ভিশ্চ পরিবারিতঃ সদারো মুমুদে তদা ॥৩২॥

এবং জানপদাঃ সর্বে চক্রুরিন্দ্রমহং তথা। যথা চেদিপতিঃ প্রীতশ্চকারেন্দ্রমহং বসুঃ ॥৩৩॥

এতাং পূজাং মহেন্দ্রস্তু দৃষ্ট্বা বসুকৃতাং শুভাম্। হরিভির্বাজিভির্যুক্তমন্তরিক্ষগতং রথম্ ॥৩৪॥

আস্থায় সহ শচ্যা চ বৃতোহপ্সরসাং গণৈঃ। বসুনা রাজমুখ্যেন সমাগম্যাব্রবীদ্বচঃ ॥৩৫॥

যে পূজয়িষ্যন্তি নরা রাজানশ্চ মহং মম। কারয়িষ্যন্তি চ মুদা যথা চেদিপতির্নৃপঃ ॥৩৬॥

তেষাং শ্রীর্বিজয়শ্চৈব সরাষ্ট্রাণাং ভবিষ্যতি। তথা স্ফীতো জনপদো মুদিতশ্চ ভবিষ্যতি ॥৩৭॥

নিরীতিকানি শস্যানি ভবন্তি বহুধা নৃপ!। রাক্ষসাশ্চ পিশাচাশ্চ ন লুম্পন্তে কথঞ্চন ॥৩৮॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

এবং মহাত্মনা তেন মহেন্দ্রেণ নরাধিপ!। বসুঃ প্রীত্যা মঘবতা মহারাজোঽভিসৎকৃতঃ ॥৩৯॥

এবং কৃত্বা মহেন্দ্রস্তু জগাম স্বং নিবেশনম্। উৎসবং কারয়িষ্যন্তি সদা শক্রস্য যে নরাঃ ॥৪০॥

ভূমিরত্নাদিভির্দানৈস্তথা পূজ্যা ভবন্তি তে। বরদানমহাযজ্ঞৈস্তথা শক্রোৎসবেন চ ॥৪১॥

সম্পূজিতো মঘবতা বসুশ্চেদীশ্বরো নৃপঃ। পালয়ামাস ধর্ম্মেণ চেদিস্থঃ পৃথিবীমিমাম্ ॥৪২॥

ইন্দ্রপ্রীত্যা চেদিপতিশ্চকারেন্দ্রমহং বসুঃ। পুত্রাশ্চাস্য মহাবীর্য্যাঃ পঞ্চাসন্নমিতৌজসঃ ॥৪৩॥

নানারাজ্যেষু চ সুতান্ স সম্রাডভ্যষেচয়ৎ। মহারথো মাগধানাং বিশ্রুতো যো বৃহদ্রথঃ ॥৪৪॥

---

ফীজোম্না শেৎতুনা হকচাংদা কুঙ্কুমনাচিংবা মনম হুংশিরবা লেপন তৌদুনা চেদি নিংথৌ উপরিচরনা মহারাণী শিংগা লোয়ননা নুংঙাইনা লৈখি ॥৩১-৩২॥ অসুম তৌদুনা চেদিরাজবসুনা ইন্দ্রগী পূজা অসি হৌ-দোকখি নিংথৌশিংনসু উৎসব অসি মথং মথং তৌনখি॥ ৩৩ ॥

মর্ত্ত্যলোকতা চেদিরাজনা তৌরিবা পূজা উৎসব অসি উবদা সচীদেবীগা লোয়ননা অপ্সরাশিংনা কোয়শিল্লহনা তৌরুনবা সগোলনা চিংলবা বিমান থক্তা তোংদুনা নিংথৌ অথোইবা উপরিচরবসুগা ন্না অসি ইন্দ্রগা ঙাংনখি ॥ ৩৪—৩৫ ॥ চেদিরাজনা তৌথিবগুম্বা অদুগুম্বা মীশিংনা অমদি নিংথৌ শিংনা পূজা অসিবু তৌরবা অমদি অতৈবুসু তৌহল্লবদি মখোয়গী রাজ্যগা লোয়ননা ধন সম্পত্তি চাওখৎকনি অমসুং মখোয়গী প্রজা পুম্বা নুংঙাইগনি অমসুং মকাবামগনি ॥ ৩৬—৩৭ ॥ মহারাজ! লৈপাক অদো মহৈমরোং চুমগনি করিগুম্বা উপদ্রব অমতা লৈরোই। হিংচা য়াইতম্বা, ভূতপ্রেতগী উৎপাত পূম্বা মুৎখিগনি ॥৩৮॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি ঃ— মতৌ অসুম্না মহারাজ! পুব চেল চাওরবা ইন্দ্রনা চেদি লৈপাককী নিংথৌ বসুবু পেলহনখি ॥৩৯॥ অসুম তৌদুনা ইন্দ্রসু মহাক্কী রাজধানীদা হনখি। অদুগুম্বা মীশিংদুনা উৎসব অসিবু তৌরবদি ইন্দ্রনা মখোয়দসু ভূমি রত্ন নচিংবা পীবিদুনা মখোয়বু পেনহনগনি। নিংথিজরবা পূজাগী পোৎচং লাংদুনা যজ্ঞসিবু অনুষ্ঠান তৌদুনা চেদিরাজনা ইন্দ্ররাজবু পেলহল্লবদা চেদিরাজনা চেদি লৈপাক্তা লৈদুনা ধর্ম্ম কায়দনা পৃথিবীবু ঙাকখি ॥৪০-৪২॥ ইন্দ্রগী প্রীতিগীদমক ইহান হানবদা চেদিপতিনা ইন্দ্রগী পূজা তৌবা হৌখি। চেদিরাজবসু কনুম্বা মচা অঙা পোকখি ॥ ৪৩ ॥ সম্রাট উপরিচরনা মচা মঙাবু তোঙাল তোঙালবা লৈপাক্কী নিংথৌ হাপ্লিরে। মখোয়গী মনুংদা বৃহদ্রথ হায়বসিনা মগধ দেশগী নিংথৌশিংগী শরুইদগী অথোইবনি

প্রত্যগ্রহঃ কুশাম্বশ্চ যমাহুর্মণিবাহনম্ । মাবেল্লশ্চ যদুশ্চৈব রাজন্যশ্চাপরাজিতঃ ।
এতে তস্য সুতা রাজন্ ! রাজর্ষের্ভূরিতেজসঃ ॥৪৫॥

ন্যবেশয়ন্নামভিঃ স্বৈস্তে দেশাংশ্চ পুরাণি চ । বাসবাঃ পঞ্চ রাজানঃ পৃথগ্বংশাশ্চ শাশ্বতাঃ ॥৪৬॥

বসন্তমিন্দ্রপ্রাসাদে আকাশে স্ফাটিকে চ তম্ । উপতস্থুর্মহাত্মানং গন্ধর্বাপ্সরসো নৃপম্ ॥৪৭॥

রাজোপরিচরেত্যেবং নাম তস্যাথ বিশ্রুতম্ । পুরোপবাহিনীং তস্য নদীং শুক্তিমতীং গিরিঃ ॥৪৮॥

অরৌৎসীচ্চেতনাযুক্তঃ কামাৎ কোলাহলঃ কিল । গিরিং কোলাহলং তং তু পদা বসুরতাড়য়ৎ ॥৪৯॥

নিশ্চক্রাম ততস্তেন প্রহারবিবরেণ সা । তস্যাং নদ্যামজনয়ন্মিথুনং পর্ব্বতঃ স্বয়ম্ ॥৫০॥

তস্মাদ্বিমোক্ষণাৎ প্রীতা নদী রাজ্ঞে ন্যবেদয়ৎ । মহিষী ভবিতা কন্যা পুমান্ সেনাপতির্ভবেৎ ॥৫১॥

শুক্তিমত্যা বচঃ শ্রুত্বা দৃষ্ট্বা তৌ রাজসত্তমঃ । যঃ পুমানভবত্তত্র তং স রাজর্ষিসত্তমঃ ॥৫২॥

বসুর্বসুপ্রদশ্চক্রে সেনাপতিমরিন্দমঃ । চকার পত্নীং কন্যান্তু তথা তাং গিরিকাং নৃপ ! ॥ ৫৩ ॥

বাসোঃ পত্নী তু গিরিকা কামকালং ন্যবেদয়ৎ । ঋতুকালমনুপ্রাপ্তা স্নাতা পুংসবনে শুচিঃ ॥৫৪॥

তদহঃ পিতরশ্চৈনমূচুর্জহি মৃগানিতি । তং রাজসত্তমং প্রীতাস্তদা মতিমতাং বর ! ॥৫৫॥

---

হায়না ফাওখি ॥ ৪৪ ॥ প্রত্যগ্রহ, মণিবাহন হায়না খংনরবা কুশাম্ব, মাবেল্ল অমসুং অতোপপা অমনা মাযথিবা পীবা ভমদ্রবা যদু মখোয অসিনি, মহারাজ। তেজস্বী ওইরবা রাজর্ষি উপরিচরগী মচাশিং মওাদো ॥ ৪৫ ॥ উপরিচরগী মচা মঙা অসিগী মাগী মাগী মমিংগী মকুং ইন্না দেশ অমদি নগর লিংখৎখি অতুদগী তোঙাল তোঙালবা বংশ ময়াম মথং মথং পোকখি ॥ ৪৬ ॥ মহাত্মা ওইরবা উপরিচবনা ইন্দ্রনা পীরম্বা লিক্লাইগী বিমানদা তোংতুনা আকাশদা কোয়পাই পাইবা মতমদা গন্ধর্ব্ব অমসুং অপ্সরাশিংনা ইশৈনা জগোইনা মহাকপু পেলহল্লম্মি ॥ ৪৭ ॥

অতিয়াদা কোয়পাই পাইদুনা চৎলি হায়বগী দমক নিংথৌ উপরিচর অমম হায়না খংনখ্রে। মহাক্কী রাজধানীগী মনাক্তা "শুক্তিমতী" হায়বী তুরেল অমা চেল্লি। তুরেল অদুবু পাম্বদগী 'কোলাহল' হায়না কৌবা মথল্লাই পাল্লবা চীংঙম অমনা থিংদুনা থমলে অদুদগী উপরিচর নিংথৌনা চীং অদুবু খোংপাক্লা কাওখি ॥৪৮-৪৯॥ খোংপাক্লা কাওবগী অহোবা মখুল অদুদগী শুক্তিমতী তুরেলনা লিখো-রক্তুনা চেনখি, তুরেল অদুগী গর্ভদগী কোলাহল কৌবা চীং অদুগী নিপা অমগা নুপী অমগা মচা অনি পোকখি ॥৫০॥ মাবু কনবিবা অদুদা পেলখ্রদুনা শুক্তিমতী হায়বী তুরেল অদুনা মচা নুপীনা নিংথৌগী মহারাণী অদুগা মচা নিপা অদুনা অচৌবা সেনাপতি ওইবতারে হায়না উপরিচর নিংথৌদা থংহল্লম্মি ॥৫১॥ নিংথৌনা শুক্তিমতীগী ৱা তাবদা অদুগা মচা অনিবু উবদা য়াম্না নুংঙাইরে। দান হৈরবা য়েকনবা ঙমলবা নিংথৌ উপরিচরনা শুক্তিমতীগী মচা নিপাদুবু সেনাপতি অমদি মচা নুপী গিরিকা হায়বীদুবু মহারাণী ওইহনখি ॥৫২-৫৩॥ উপরিচরবসুগী মহারাণী গিরিকানা নোংম্না ঋতুস্নান তৌরবা মতুংদা পুক্লিং হকচাং অশেংবা অশেংনা নিংথৌগী মফমদা মচা ফংহনবিয়ু হায়জরম্মি ॥৫৪॥ অশিংবা শিরিক্কী অথোইবা হে। রাজন্ জনমেজয়! নুমিৎ অদুদা পোল্লবা পিতৃলোক পুম্বা লাক্তুনা নিংথৌদা হায়রে:— মহারাজ। শমিদি মৃগয়া চৎলু ॥৫৫॥

স পিতৃণাং নিয়োগেন তামতিক্রম্য পার্থিবঃ। চকার মৃগয়াং কামী গিরিকামেব সংস্মরন্।
অতীবরূপসম্পন্নাং সাক্ষাচ্ছ্রিয়মিবাপরাম্ ॥৫৬॥

অশোকৈশ্চম্পকৈশ্চূতৈরনেকৈরতিমুক্তকৈঃ। পুন্নাগৈঃ কর্ণিকারৈশ্চ বকুলৈর্দিব্যপাটলৈঃ ॥৫৭॥

পনসৈর্নারিকেলৈশ্চ চন্দনৈশ্চার্জ্জুনৈস্তথা। এতৈ রম্যৈর্মহাবৃক্ষৈঃ পুণ্যৈঃ স্বাদুফলৈর্যুতম্ ॥৫৮॥

কোকিলাকুলসন্নাদং মত্তভ্রমরনাদিতম্। বসন্তকালে তৎ পশ্যন্ বনং চৈত্ররথোপমম্ ॥৫৯॥

মন্মথাভিপরীতাত্মা নাপশ্যদ্গিরিকাং তদা। অপশ্যন্ কামসন্তপ্তশ্চরমাণো যদৃচ্ছয়া ॥ ৬০ ॥

পুষ্পসংছন্নশাখাগ্রং পল্লবৈরুপশোভিতম্। অশোকং স্তবকৈশ্ছন্নং রমণীয়মপশ্যত ॥৬১॥

অধস্তাত্তস্য ছায়ায়াং সুখাসীনো নরাধিপঃ। মধুগন্ধৈশ্চ সংযুক্তং পুষ্পগন্ধমনোহরম্ ॥৬২॥

বায়ুনা প্রের্য্যমাণস্তু ধূম্রায় মুদমন্বগাৎ। তস্য রেতঃ প্রচস্কন্দ চরতো গহনে বনে ॥৬৩॥

স্কন্নমাত্রঞ্চ তদ্রেতো বৃক্ষপত্রেণ ভূমিপঃ। প্রতিজগ্রাহ মিথ্যা মে ন পতেদ্রেত ইত্যুত ॥৬৪॥

অঙ্গুরীয়েন শুক্রস্য রক্ষাঞ্চ বিদধে নৃপঃ। অশোকস্তবকৈ রক্তৈঃ পল্লবৈশ্চাপ্যবন্ধয়ৎ ॥৬৫॥

ইদং মিথ্যাপরিস্কন্নং রেতো মে ন ভবেদিতি। ঋতুশ্চ তস্যাঃ পত্ন্যা মে ন মোঘঃ স্যাদিতি প্রভুঃ ॥ ৬৬

---

নিংথৌ উপরিচরবসুনা পিতৃলোককী য়াথং মতুং ইন্না গিরিকাগী ঋতু পালনগী হমিত্তা হন্দোকলমদুনা মৃগয়া চৎখি। বনদা খংহৌদনা গিরিকাগা উননিংখি। থাংগৈশেংবা অনিশুবী লক্ষ্মীগুম নিংথিজরবী গিরিকাবু নিংশিং নিংশিংনা মৃগয়া তৌখি ॥৫৬॥ নিংথৌ উপরিচরনা অসুম মৃগয়া চৎলিঙৈদা কুবেরগী চৈত্ররথকৌবা বনগী মতৌগুমলবা নিংথিজরবা বন অমা উখি। বন অদুগী মনুংদা অশোক চম্পক হৈনৌ, তিনিশ, পুন্নগা, কর্নিকার, বকুল, পাকল থৈবোং, যুবী, চন্দন, অর্জ্জুননচিংবা নিংথিজরবা, শেংলবা, হাওরবা মহৈ য়াল্লবা পাম্বী ময়াম হৌবন্মি। বসন্তগী ঋতু অদুদা কোকিলশিংনা পুক্নিং হনা খোংলম্মি। ময়াই কারবা খোইমুগী পরেং পরেংনা ঙুং ঙুং ঙংদুনা লৈখিবিক্তা কোইপাই পাইরম্মি। গিরিকাবু উনিংবনা নিংথৌ অদু য়াম্না লাংতক্লখি অমবু গিরিকাবু উবা ফংখিদরে মাবু উনবদা কামদেবগী চৈনাখোম্না থম্মোই চাক্তুনা বনগী মনুংদা কোইচৎ চৎপা হৌরকলে। মতম অদুদা নিংথিজরবা অশোক পাম্বী অমা উবে। মশা মরেং পুম্বা মপাম্না পুমথল থল্লি। উনা খোংলখ খোংলমনা থললবা মশা মরেং মক্তনি। লৈ (মপাল) চরোং চরোং য়াল্লম্মি ॥৫৭-৬১॥
উপরিচর কৌবা নিংথৌনা অশোক পাম্বীদুগী উথাদা মরুমদা ফমদুনা লৈমগী অমদি লৈহীগী মনম পুদুনা হুমলিবা নুংশিৎপু সেবন তৌদুনা নুম লৈ; নুংশিৎ অদুনা হকচাংদা য়ৈবদা কামভোগগী অপথল পোকখি, সম্ভোগকী মুংডাইবদু ফংখি খংহৌদনা বনগী মনুংদা বীর্য্য তাখি ॥ ৬২-৬৩ ॥
"ঐগী বীর্যাদি অরেম্বা থক ওইরোই" অসুম থন্দুনা নিংথৌনা মাদু হেক তারকপা মতমদুমক্তদা উনা অমদা য়াদুনা লৌশিল্লি ॥ ৬৪ ॥ নিংথৌনা অশোককী ভাংলবা উনানা দোনা শাদুনা মাহদা শুক্র অদু হাল্লগা থুদোপনা ফাজন্দুনা লেংশিন্দুনা থমলে ॥ ৬৫ ॥ নিংথৌ অদুনা ধর্ম্মগী কুপবা তত্ত্ব খংতি, মশাগী বীর্য্যবু অরেম্বা তামদনা মহারাণীগী ঋতুসু মহৈ য়াদনবা নিংথৌনা

সঞ্চিন্ত্যৈবং তদা রাজা বিচার্য্য চ পুনঃ পুনঃ। অমোঘত্বঞ্চ বিজ্ঞায় রেতসো রাজসত্তমঃ ॥৬৭॥

শুক্রপ্রস্থাপনে কালং মহিষ্যাঃ প্রসমীক্ষ্য বৈ। অভিমন্ত্র্যাথ তচ্ছুক্রমারাত্তিষ্ঠন্তমাশুগম্।

সূক্ষ্মধর্মার্থতত্ত্বজ্ঞো গত্বা শ্যেনং ততোঽব্রবীৎ ॥৬৮॥

মৎপ্রিয়ার্থমিদং সৌম্য! শুক্রং মম গৃহং নয়। গিরিকায়াঃ প্রযচ্ছাশু তস্যা হ্যার্ত্তবমদ্য বৈ ॥৬৯॥

গৃহীত্বা তত্তদা শ্যেনস্তূর্ণমুৎপত্য বেগবান্। জবং পরমমাস্থায় প্রদুদ্রাব বিহঙ্গমঃ ॥৭০॥

তমপশ্যদথায়ান্তং শ্যেনং শ্যেনস্তথাঽপরঃ। অভ্যদ্রবচ্চ তং সদ্যো দৃষ্ট্বৈবামিষশঙ্কয়া ॥৭১॥

তুণ্ডযুদ্ধমথাকাশে তাবুভৌ সম্প্রচক্রতুঃ। যুধ্যতোরপতদ্রেতস্তচ্চাপি যমুনাম্ভসি ॥৭২॥

তত্রাদ্রিকেতি বিখ্যাতা ব্রহ্মশাপাদ্বরাপ্সরাঃ। মীনভাবমনুপ্রাপ্তা বভূব যমুনাচরী ॥৭৩॥

শ্যেনপাদপরিভ্রষ্টং তদ্বীর্য্য মথ বাসবম্। জগ্রাহ তরসোপেত্য সাদ্রিকা মৎস্যরূপিণী ॥৭৪॥

কদাচিদথ মৎসীং তাং ববন্ধুর্মৎস্যজীবিনঃ। মাসে চ দশমে প্রাপ্তে তদা ভরতসত্তম! ॥৭৫॥

উজ্জহ্রুরুদরাত্তস্যাঃ স্ত্রীং পুমাংসঞ্চ মানুষৌ। আশ্চর্য্য ভূতং তদ্গত্বা রাজ্ঞেঽথ প্রত্যবেদয়ন্ ॥৭৬॥

কায়ে মৎস্যা ইমৌ রাজন্! সম্ভূতৌ মানুষাবিতি। তয়োঃ পুমাংসং জগ্রাহ রাজোপরিচরস্তদা ॥৭৭॥

স মৎস্যো নাম রাজাসীদ্ধার্ম্মিকঃ সত্যসঙ্গরঃ। সাপ্সরা মুক্তশাপা চ ক্ষণেন সমপদ্যত ॥৭৮॥

---

থাখল তৌরকলে। নিংথৌ অথোইবা উপরিচর বসুনা করি তৌফম থোকপগে দায়বদু হন্না হন্না খন্দুনা অদুগা মহারাণীগী গর্ভধারনগী মতমসু ওইরে হায়বা খংদুনা মন্ত্রনা শেংদোকতুনা শুক্র অদু মহারাণীগী মকমদা থাগে হায়না নিংদুনা, য়াংলবা খুনুখরং অমগী মফমদা চত্তুনা নিংথৌনা হায়খি ॥ ৬৮ ॥

হে তপ্পবা শ্যেন কৌবা উচেক। শুক্র অসি নংনা খরা য়ুমদা যৌহনবিয়ু, গিরিকাগী মখুৎতা পিয়ু। ওসি মাগী ঋতুস্নানগী নুমিৎনি। খুনুখ্রং অদুনা নিংথৌগী বীর্য্য অদু পুদুনা খুনা য়াংনা অতিয়াদা পাইরক্লে ॥৭০॥ অতিয়াদা পাইরিবা খুনুখ্রং অদুবু অতোপ্পা খুনুখ্রং অমনা উরে, মানা পুরিবা অদু শাঙম ওইরবোই খন্দুনা মা তমনা পাইশিনখ্রে ॥৭১॥ উচেক অনি অদু মচিনগা মচিনগা চীরদুনা তুহৎনরে, অদুদগী বীর্য্য অদু যমুনাগী ঈশিংদা তাখ্রে ॥৭২॥ মফম অদুদা ব্রাহ্মণগী শাপ্তগী অদ্রিকা কৌবী কাওরবী অপ্সরা অমা ঙাগী মশক লৌরদুনা যমুনাদা লৈরম্মি ॥ ৭৩ ॥ ঙাগী মশক ওইরবী আদ্রিকা কৌবী অপ্সরা অদুনা উচেক অদুগী মখোয়দগী নাপ্পুদুনা তারকলবা উপরিচরবসুগী বীর্য্য অদু ময়ানা লৌরদুরে ॥ ৭৪ ॥

ভরতবংশ মখোইবা মহারাজ! ঙা অদুনা বীর্য্যদু চাখিবা থা তরা শুরুবা কান্দা নোংমা ঙা ফাবা মীশিংনা অপ্সরা অদুবু ফাখি ॥৭৫॥ ঙা অদুগী গর্ভদগী অহানবা মী অমা ওইনা নিপা অমগা নুপী অমগা পোকখি। অদুবুপা থোরোক অদু নিংথৌদা তন্নুরে ॥৭৬॥ মহারাজ! অনি অসে ঙাগী গর্ভদগী পোকলকলে। নিংথৌ অদুনা মখোয় অনিগী মধ্যদগী নিপা অদু লৌখি ॥ ৭৭ ॥ ঙানা পোকপগী মরম হায়না কাওরবা অদুবা ভাবা ধর্ম্ম মংলবা নিংথৌ অমা ওইখি। অপ্সরা অদুসু

পুরোক্তা সা ভগবতা তির্য্যগ্‌যোনিগতা শুভা। মানুষৌ জনয়িত্বা ত্বং শাপমোক্ষমবাপ্স্যসি।
ততঃ সা জনয়িত্বা তৌ বিশস্তা মৎস্যঘাতিভিঃ ॥৭৯॥
সংত্যজ্য মৎস্যরূপং সা দিব্যং রূপমবাপ্য চ। সিদ্ধর্ষিচারণপথং জগামাথ বরাপ্সরাঃ ॥৮০॥
সা কন্যা দুহিতা তস্যা মৎস্যা মৎস্যসগন্ধিনী। রাজ্ঞা দত্তা চ দাশায় কন্যেয়ং তে ভবত্বিতি ॥৮১॥
রূপসত্ত্বসমাযুক্তা সর্বৈঃ সমুদিতা গুণৈঃ। সা তু সত্যবতী নাম মৎস্যঘাত্যভিসংশ্রয়াৎ ॥৮২॥
আসীৎ সা মৎস্যগন্ধৈব কঞ্চিৎ কালং শুচিস্মিতা। শুশ্রূষার্থং বা পিতুর্নাবং বা হয়ন্তীং জলে চ তাম্ ॥৮৩॥
তীর্থযাত্রাং পরিক্রামন্নপশ্যদ্বৈ পরাশরঃ। অতীবরূপসম্পন্নাং সিদ্ধানামপি কাঙ্ক্ষিতাম্ ॥৮৪॥
দৃষ্ট্বৈব স চ তাং ধীমাংশ্চকমে চারুহাসিনীম্। দিব্যাং তাং বাসবীং কন্যাং রম্ভোরুং মুনিপুঙ্গবঃ ॥৮৫॥
সম্ভবং চিন্তয়িত্বা তাং জ্ঞাত্বা প্রোবাচ শক্তিজঃ। ক তর্ণধারো নৌর্যেন নীয়তে ব্রূহি ভামিনি। ॥৮৬॥

মৎস্যগন্ধোবাচ।

অনপত্যস্য দাশস্য সুতা তৎপ্রিয়কাম্যয়া। সহস্রজনসম্পন্না নৌর্ময়া বাহ্যতে দ্বিজ। ॥৮৭॥

পরাশর উবাচ।

শোভনং বাসবি! শুভে! কিং চিবায়সি বাহ্যতাম্। কলশং ভবিতা ভদ্রে! সহস্রার্দ্ধেন সম্মিতম্।
অহং শেষো ভবিষ্যামি নীয়তামচিরেণ বৈ ॥৮৮॥

---

মাত্নগী সুমিত্তা শাপ কোকতুনা মিকুপ্তা হান্নগী মশক ফংথি ॥ ৭৮ ॥ ব্রাহ্মণগী শাপনা ঙাগী মশক লৌরবী নিংথিজরবী অপ্সরাদা ব্রাহ্মণ অহুনা শাপ কোক্লবা অস্তম হাযখিঃ— "নংনা মতম অমদা তাইবংমী অনি পোকনি, মতম অদুদা শাপ অসিদগী কোকপা ওইগনু। অদুনা অনি অদু পোক্লবা তুংদা ঙা ফাবা মীশিংনা ঙা অদু হাৎখি ॥৭৯॥ অদুদগী ঙাগী মশক থাদোক্তুনা নিংথিজরবা হান্নগী মশক লৌহনা অপ্সরা অথোইবী সিদ্ধ, ঋষি, চারণশিংগী মার্গদা অতিয়াদা পাইখৎখি ॥ ৮০ ॥

"কন্যা অসি নং লৌজরো" হায়হনা নিংপৌনা ঙা ফাবা নিপা অদুদা ঙাগী গর্ভদগী পোকলবী কন্যা অদু পীথোকখ্রে। কন্যা অদু মশকমতো রূপগুণ পূম্বনা তিল্লবীনি, থাংগৈশেংবা মিংদি "সত্যবতী" নি ঙানা পোকপনি, ঙা ফাবা মীনা যোকপনি হায়বদগী "মৎস্যাগন্ধা" কৌনখিবনি। মশক ফজরবী সত্যবতীনা নোংমা মপাগী মতেং পাংথিবা ওইনা ইশিংদা হি থৌহনা চৎলম্মি। সুমিৎ অদুদা মশক মতৌ চংথোক্লবী, মুনিশিংমক্না মিহৌরবী কন্যা অদুবু তীর্থযাত্রা লাকপদা পরাশয় মুনিনা উরুরে ॥ ৮১-৮৪ ॥ জ্ঞানী ওইরবা মুনি অথোইবা, শক্তিগী মচা পরাশরনা, মিলোক ফজরবী, নিংথিজরবী উপরিচরবসুগী শাওংশাদা ফজরবী কন্যাবু উরগা, ওহাক্তং, ধ্যান তৌহনা মহাককী তৌরকফমবুসু থৰলগা হায়রকই— "ইবেম্মা! মুপীমচা নংনা হি হোজিববু হিনাওশাবা হিহোনবদি কদায়দা চৎখ্রে?" ॥ ৮৫-৮৬ ॥ মৎস্যগন্ধানা হায়খি— হে ব্রাহ্মণ! ঐগী ইপা ঙাফাবা অসিগী মচা নিপা অমতা লৈতে, অদুদা মী লিশিং অমা তৌগৎলবসু ঐনা মাগী হি অসি হোজ্রি ॥ ৮৭ ॥

পরাশরনা হায়খিঃ— "রাম্না কৈ অহুনি বন্ধনা পোকনী ইবেম্মা। অদুবু করিগী থীরিবসে?

বৈশম্পায়ন উবাচ।

মৎস্যগন্ধা তথেত্যুক্ত্বা নাব্য বাহয়তী জলে । বীক্ষমাণং মুনিং দৃষ্ট্বা প্রোবাচেদং বচস্তদা ॥ ৮৯ ॥

মৎস্যগন্ধেতি মামাহুর্দাশরাজসুতাং জনাঃ । জন্ম শোকাভিতপ্তায়াঃ কথং জ্ঞাস্যসি কথ্যতাম্ ॥৯০॥

পরাশর উবাচ ।

দিব্যজ্ঞানেন দৃষ্টং হি দৃষ্টমাত্রেণ তে বপুঃ । প্রণয়গ্রহণার্থায় বক্ষে বাসবি ! তচ্ছৃণু ॥ ৯১ ॥

বর্হিষদ ইতি খ্যাতাঃ পিতরঃ সোমপাস্ত তে । তেষাং ত্বং মানসী কন্যা অচ্ছোদা নাম বিশ্রুতা ॥৯২॥

অচ্ছোদং নাম তদ্দিব্যং সরো যস্মাৎ সমুত্থিতম্ । ত্বয়া ন দৃষ্টপূর্ব্বাস্ত পিতরস্তে কদাচন ॥৯৩॥

সম্ভূতা মনসা তেষাং পিতৄন্ স্বান্নাভিজানতী । সা স্বস্তং পিতরং বব্রে স্বানতিক্রম্যান্ পিতৄন্ ॥৯৪॥

নাম্না বসুরিতি খ্যাতং মনুপুত্রং দিবি স্থিতম্ । অদ্রিকাপ্সরসা যুক্তং বিমানে দিবি বিষ্ঠিতম্ ॥৯৫॥

সা তেন ব্যভিচারেণ মনসা কামচারিণী । পিতরং প্রার্থয়িত্বান্তং যোগাদ্ভ্রষ্টা পপাত সা ॥৯৬॥

অপশ্যৎ পতমানা সা বিমানত্রয়মস্তিকাৎ । ত্রসরেণুসমানাংস্তাংস্তত্রাপশ্যৎ স্বকান্ পিতৄন্ ॥৯৭॥

সুসূক্ষ্মানপরিব্যক্তান্ অঙ্গৈরঙ্গৈর্বিবাহিতান্ । তাতেতি তানুবাচার্ত্তা পতন্তী সা হ্যধোমুখী ॥৯৮॥

---

হোল্লোদনা। তুরেলগী য়াল্লবা ইশিংসে শরুক লিশিং অমা থোল্লগা শরুক অমতমক ওইজখিগনি, ঐনা নংগী ভসিগী অরোইবা যাত্রিকনি, ঐবু থুনা তুরেল ল্বাংমা ফাওবা পুরো ॥৮৮॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি— 'ফরে অদুমভাইরে' হায়দুনা মৎস্যগন্ধানা ইশিংদা হিহু হোল্লরুবদা মঙোন্দা খৌরাংবা মিথয়েংনা তোয়না য়েংলিবা মুনিদা ল্বাহে অসি হায়খি ॥৮৯। ঐবুদি মী পুম্বনা 'ভা কাবগী মচানুপী মৎস্যগন্ধা' অমুম হায়না কৌনৈ, মপোক মফম থংদ্রবী, থাংগৈশেংবা মমা মপা মফম থংদ্রবী ঐবু করম হায়না অম্বক নিংখিনা থংবিরিবনো হায়বিযু ॥৯০॥ পরাশরনা হায়খিঃ— ঐনা দিবা জ্ঞাননা নংগী হকচাংবু উবত্তদা নশক থংবা ভমমি, বসুগী মচানুপী। ঐনা নংবু পাম্বনা ল্বা অসি ঐ নঙোন্দা হায়গে তাও ॥৯১॥ মমাং-ঙৈদা সোমপান তৌবা 'বর্হিষদ' অমুম হায়না থংনরবা নংগী পিতৃলোক কয়ামরুম লৈরম্মি। নং অসি মখোয়গী পুক্লিংদগী পোক্লবী 'অচ্ছোদা' হায়না থংনরবী কন্যা অমা ওইখি ॥৯২॥

নঙোন্দগী অচ্ছোদ হায়না কৌবা নিংখিরবা পুখ্রি অমা পোকখি। নংনা নংগী পিতৃলোকপু করিগুম্বদা থক উবা ফংখিদে ॥ ৯৩ ॥ নং অসে নংগী পিতৃলোকশিং অদুগী মপুক্লিংদগী পোকখিবনি, অদুনা নংনা মখোয়বু নংগী পিতৃলোকনি হায়বা থংখিদে, অদুনা নংনা মখোয়বু থাদোক-লমদুনা অতোপপা অমবু নংগী পিতানি হায়না লৌখি। নিপা অদো বসু হায়বা স্বর্গদা লৈথ্রবা মনু হায়বগী মচা নিপানি, মতম অদুদা মহাকম অদ্রিকা হায়না কৌবী অপ্‌সরা অদুগা বিমানগী মনুংদা লৈরম্মি ॥ ৯৪-৯৫ ॥ নং অসে মতম অদুদা হেক নীংবা মতুং ইন্না মওং তোঙাল তোঙালন পুখোকপা ওম্মি, অতোপপা মী অমবু নংবু পোকপা পিতানি হায়দুনা হায়জরুবদা যোগভ্রষ্ট ওইদুনা লৈথাদা তারকপনি ॥ ৯৬ ॥ তারকপা মতমদা নংনা ওইরবী কন্যা অদুনা বিমান অহুম উখি, বিমানশিং অদুগী মনুংদা পরমাণুগুম পীক্লবা পিতৃলোকপু উখি ॥ ৯৭ ॥ পিকমনখিবমা নশক উগুম ঊরগুম তৌরবা মখোং মখুৎ পুম্বা অমগী অমদা য়েংশিন্নরবা মখোয়বু, পিতা পিতা. হায়না কল্লাদুনা মমায় মথারোমদা ভলুনা তারকখি ॥৯৮॥

তৈরুক্তা। সা তু মা দৈবীত্বেন সা সংস্থিতা দিবি। ততঃ প্রসাদয়ামাস তান্ পিতৄন্ দীনয়া গিরা ॥৯৯॥
তামূচুঃ পিতরঃ কন্যাং ভ্রষ্টৈশ্বর্য্যাং স্ববিভ্রমাৎ। ভ্রষ্টৈশ্বর্য্যা স্বদোষেণ পতসি ত্বং শুচিস্মিতে! ॥১০০॥
যৈরারব্ধানি কর্ম্মাণি শরীরৈরিহ দেবতাঃ। তৈরেব তৎকর্ম্মফলং প্রাপ্নুবন্তি স্ম দেবতাঃ ॥১০১॥
মনুষ্যাস্ত্বন্যদেহেন শুভাশুভমিতি স্থিতিঃ। সদ্যঃ ফলন্তি কর্ম্মাণি দেববত্বে প্রেত্য মানুষে ॥১০২॥
তস্মাত্ত্বং পরুসে পুত্রি! প্রেত্য ত্বং প্রাপ্স্যসে ফলম্। পিতৃহীনা তু কন্যা ত্বং যস্মোহি ত্বং হুতা মতা ॥১০৩॥
মৎস্যযোনৌ সমুৎপন্না ভূত্বা রাজ্ঞো ভবিষ্যসি। অদ্রিকা মৎস্যরূপাভূদ্গঙ্গাযামুনসঙ্গমে ॥১০৪॥
পরাশরস্য দায়াদং ত্বং পুত্রং জনয়িষ্যসি। যো বেদমেকং ব্রহ্মর্ষিশ্চতুর্দ্ধা বিভজিষ্যতি ॥১০৫॥
মহাভিষকসুতস্যৈব শান্তনোঃ কীর্ত্তিবর্দ্ধনম্। জ্যেষ্ঠং চিত্রাঙ্গদং বীরং চিত্রবীর্য্যঞ্চ বিশ্রুতম্ ॥১০৬॥
এতান্ দৃষ্ট্বা সুপুত্রাংস্ত্বং পুনরেব গমিষ্যসি। ব্যতিক্রমাৎ পিতৄণাঞ্চ প্রাপ্স্যসে জন্ম কুৎসিতম্ ॥১০৭॥
অস্যৈব রাজ্ঞস্ত্বং কন্যা হ্যদ্রিকায়াং ভবিষ্যসি। অষ্টাবিংশে ভবিত্রী ত্বং দ্বাপরে মৎস্যযোনিজা ॥১০৮॥
এবমুক্তা পুরা তৈস্তু জাতা সত্যবতী শুভা। অদ্রিকন্তাভিবিখ্যাতা ব্রহ্মশাপাদ্বরাপ্সরাঃ ॥১০৯॥

---

কন্যা অদুবু য়েংদুনা পিতৃলোকশিংনা "নং করিমতা কিগনু" অসুম হায়রবদা মহাক অদু অতিয়াদা অহুম শরৈরে মাগী পিতৃলোকপু স্তুতি তৌদুনা পেলহল্লম্মি ॥৯৯॥ পিতৃলোকশিংনা মঙোন্দা হায়থি নিংথিজরবী। নং অসে নংগী নশাগী দোষনা অনিমা, গরিমানচিংবা ঐশ্বর্য্য মাংহনজদুনা লৈথা তারিবনি। ॥১০০॥ জগৎ অসিদা দেবতাশিংনা হকচাংসিনা মানা মানা তৌবা ধর্ম্ম নত্রগা অধর্ম্মগী কর্ম্মগী ফল অদো ফংলিবনি ইবেম্মা! ॥১০১॥ তাইবং মীওইবনা অতোপ অতোপ্পা হকচাংনা তৌরবা কর্ম্মগী ফল অদো শোয়দনা ভোগ তৌই; মাসি বিধাতাগী নিয়মনি। লাইগী মপোক্কা মীগী মপোক্কা থেন্নবদি—লাইশিংনা খুদকতা কর্ম্মগী ফল ফংঙি, তাইবং মীনা হয়েংমুককী মপোক তোঙাল তোঙালবদা কর্ম্মগী ফল অদু ফংঙি ॥ ১০২-১০৩ ॥ অদুনা, ইবেম্মা! নংনা দেবতা ওইবনা নংনা তৌবা কর্ম্মগী ফল অদো নশামক্তা হৌজিক উরিব্রসিনি। মীওইনা পোকলগা নংনা কর্ম্মগী ফল অদু হয়েংমুককী মপোকতা উরগনি। নংগী দোষ হায়ববু নংগী পিতৃলোকপু মশাক খংদদুনা বশুম্ব নংনা নপাম্নি হায়না লৌখি, অদুনি ॥ ১০৪ ॥

নং অসে উপরিচর কৌবা নিংথৌগী বীর্য্যদগী ঙাগী গর্ভদা পোক্লগনি। অসোমদা অদ্রিকাশু প্রয়াগতা গঙ্গা যমুনাগী তিনকথদা পোকখ্রে ॥১০৪॥ নং অসে পরাসরগী ভার্য্যা ওইহনা নচা নিপা অমা পোক্কনি ব্রহ্মর্ষি ওইবা নচা অদুনা অমতা ওইবা বেদবু শরুক মরিথোকনা থায়দোক্কনি ॥১০৫॥ অদুগা নংনা অমুক শান্তনু মহারাজগী ঔরসদগী চিত্রাঙ্গদা অমসুং বিচিত্রবীর্য্য কৌবা কন্নবা নচা অনি পোক্কনি ॥ ১০৬ ॥ কন্নবা মচাশিং অসি পোক্লগা নং অমুক পিতৃলোকতা চংথিগনি। থাজেংবা নপাবু থাজোক্লুনা অংতাংবু নশাগী হায়দুনা পৌক্লবনা অমুক হন্না ফত্তবা মপোক ফংগনি ॥১০৭॥ নং অসি উপরিচর কৌবা নিংথৌগী মচানুপী ওইহনা অদ্রিকাগী গর্ভদগী পোক্কনি। মপোক অদো ঙাগী মশক্তা নিপাল ওবা দ্বাপর যুগতা ঙাগী মপোকতা ওইগনি ॥১০৮॥ মখাংদুনা অদুগা নংগী পিতৃলোকশিংনা

যামুনাজলমধ্যেস্থা মাং জনিত্বা গতা দিবম্। তস্যাং জাতাস্মি সা কন্যা রাজ্ঞো বীর্য্যেণ চৈব হি ॥১১০॥

তস্মাদ্যাচসি তদ্রূপং ত্বং যাচে বংশকরং সুতম্। সঙ্গমং মম কল্যাণি! কুরুষ্বেত্যভ্যভাষত ॥১১১॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

বিস্ময়াবিষ্টসর্ব্বাঙ্গী জাতিস্মরণতাং গতা। অব্রবীৎ পশ্য ভগবন্! পরপারে স্থিতানৃষীন্!

আবয়োর্দৃষ্টয়োরেভিঃ কথং নু স্যাৎ সমাগমঃ ॥১১২॥

এবং তয়োক্তো ভগবান্ নীহারমসৃজৎ প্রভুঃ। যেন দেশঃ স সর্ব্বস্তু তমোভূত ইবাভবৎ ॥১১৩॥

দৃষ্ট্বা সৃষ্টন্তু নীহারং ততস্তং পরমর্ষিণা। বিস্মিতা সাভবৎ কন্যা ব্রীড়িতা চ তপস্বিনী ॥১১৪॥

সত্যবত্যুবাচ।

বিদ্ধি মাং ভগবন্! কন্যাং সদা পিতৃবশানুগাম্। ত্বৎসংযোগাচ্চ দুষ্যেত কন্যাভাবো মমানঘ! ॥১১৫॥

কন্যাত্বে দূষিতে চাপি কথং শক্ষ্যে দ্বিজোত্তম!। গৃহং গন্তুমৃষে! চাহং ধীমন্! ন স্থাতুমুৎসহে ॥১১৬॥

এতৎ সঞ্চিন্ত্য ভগবন্! বিধৎস্ব যদনন্তরম্। এবমুক্তবতীং তাস্তু প্রীতিমানৃষিসত্তমঃ ॥১১৭॥

উবাচ মৎপ্রিয়ং কৃত্বা কন্যৈব ত্বং ভবিষ্যসি। বৃণীষ্ব চ বরং ভীরু! যং ত্বমিচ্ছসি ভাবিনি! ॥১১৮॥

বৃথা হি ন প্রসাদো মে ভূতপূর্ব্বঃ শুচিস্মিতে!। এবমুক্তা বরং বব্রে গাত্রসৌগন্ধ্যমুত্তমম্ ॥১১৯॥

---

হায়খিবনা সত্যবতী হায়না নংনা পোক্লকিবসিনি। অদ্রিকা কৌবী অপ্সারাসু ব্রাহ্মণগী শাপতগী ওঁ ওইহনা নংবু পোক্লম্নগা স্বর্গদা চৎখ্রে। অদুনা হন্দক নং অসি নিংথৌ উপরিচরগী ঔরসদগী ওাগী গর্ভদা পোক্লরবনি ॥১১০॥ মরম অদুনা বংশগী মচানুপী। নংগী মঙ্গল ওইসনু, নংগী নফমদা ঐগী শাগে মুৎতনবা ইচা পীয়ু হায়না নিরিবনি, অহনা ইবেম্মা। নং ঐগা সংসর্গ তৌ। অসুম হায়না পরাশরনা হায়খি। বৈশম্পায়ণনা হায়খিঃ— মমাংঙৈগী মপোককী ৱা নিংশিংলক্তুনা মৎস্যগন্ধাগী হকচাংপূম্বদা ভুজুংবা লোকখি। পরাশরদা হায়খিঃ— "ভগবন্! আসোম ৱাংমদা ঋষি ময়াম লৈ, করম্না মখোয়গী মমাংদা নংগা উনগদগে ॥১১২॥ মৎস্যগন্ধানা অসুম হায়রবদা ভগবান্ পরাশরনা মতম অদদা লৈচিন থাহনখ্রে। মফম অদু লৈচিন্না কুপখিহনা অমম্বনা কুপখ্রে ॥১১৩॥ মহর্ষি পরাশরনা শেমলিবা লৈচিন ময়াম অদু উবদা মৎস্যগন্ধা কৌবী কন্যাসি ইঙক ঙকখ্রে, অমসুং ইকাইখি ॥ ১১৪ ॥ সত্যবতীনা হায়খিঃ—ভগবন্। ঐদি কন্যাগী অবস্থাদা লৈরিবীনি, অদুগা ইপাগী মখাগোন্দুনা লৈবীনি ঐনা নংগা তিন্নবদগী কন্যা ঐদি মাংলেদো ॥১১৫॥

ব্রাহ্মণ অখোইবা! ঐগী কন্যা ওইবগী অবস্থাসিবু মাংথোকপিরবদি ঐদি করমনা লৈবা য়াসগনি, করম হায়রনা যুম্না হন্‌বা ঙমগদগে, ৱাখল লৈরবা! ঐবু করম্না হিংহনা লৈয়ু হায়রবগে? ॥ ১১৬ ॥ মরম অদুনা মহর্ষি! বিচার য়ুম্না তৌরগা তৌগদবদু তৌবিয়ু। ঋষি অখোইবা পরাশরনা অসুম হায়রবী সত্যবতীগী [illegible] নুংশিবিরদুনা হায়খি— "ঐগীনবকতা নংনা থবক অসি তৌবদা নংনা কন্যা ওইরিবা লৈবদা থক কায়রোই। ইকায়খিরবী! নংনা অপাম্বা বর অহ নিয়ু ॥১১৭-১১৮॥ [illegible] [illegible] লৈরবী! ঐনবু পোক্লবা মমাংঙৈদগী হোনা থক অরেম্বা ওইখিদবনি [illegible]

স চাস্তৈ ভগবান্ প্রাদাদমেয়াত্মা বাঞ্ছিতং প্রভুঃ। ততো লব্ধবরা প্রীতা স্ত্রীভাবগুণভূষিতা ॥১২০॥
জগাম সহ সংসর্গমৃষিণাদ্ভুতকর্ম্মণা। তেন গন্ধবতীত্যেবং নামাস্তাঃ প্রথিতং ভুবি ॥১২১॥
তস্যাস্তু যোজনাদ্গন্ধমাজিঘ্রন্ত নরা ভুবি। তস্যা যোজনগন্ধেতি ততো নামাপরং স্মৃতম ॥১২২॥
ইতি সত্যবতী হৃষ্টা লব্ধা বরমনুত্তমম্। পরাশরেণ সংযুক্তা সদ্যো গর্ভং সুষাব সা ॥১২৩॥
জজ্ঞে চ যমুনাদ্বীপে পারাশর্য্যঃ স বীর্য্যবান্। স মাতরমনুজ্ঞাপ্য তপস্যেব মনো দধে ॥১২৪॥
স্মৃতোঽহং দর্শয়িষ্যামি কৃত্যেষ্বিতি চ সোঽব্রবীৎ। এবং দ্বৈপায়নো জজ্ঞে সত্যবত্যাং পরাশরাৎ ॥১২৫॥
ন্যস্তো দ্বীপে স যদ্বালস্তস্মাদ্দ্বৈপায়নঃ স্মৃতঃ। পাদাপসারিণং ধর্ম্মং স তু বিদ্বান্ যুগে যুগে ॥১২৬॥
আয়ুঃ শক্তিঞ্চ মর্ত্ত্যানাং যুগাবস্থামবেক্ষ্য চ। ব্রহ্মণো ব্রাহ্মণানাঞ্চ তথানুগ্রহকাঙ্ক্ষয়া।

বিব্যাস বেদান্ যস্মাৎ স তস্মাদ্ব্যাস ইতি স্মৃতঃ ॥১২৭॥

বেদানধ্যাপয়ামাস মহাভারতপঞ্চমান্। সুমন্তুং জৈমিনিং পৈলং শুকঞ্চৈব স্বমাত্মজম্ ॥১২৮॥
প্রভুর্বরিষ্ঠো বরদো বৈশম্পায়নমেব চ। সংহিতাস্তৈঃ পৃথক্ত্বেন ভারতস্য প্রকাশিতাঃ ॥১২৯॥

---

হায়রবদা মৎস্যগন্ধানা মহাক্কী মশা অতু মনম মুংশিহনবিয়ু হায়না বর নিরম্মি ॥ ১১৯॥ ভগবান পরাশরনা মানা পামবা বর অতু পীরে। মথৱাই মুংঙাইজরবী কন্যাতুসু বব ফংলবতুদা মুপীগী গুণ থিবিক্কা তিনখি। অস্তকপা শক্তিনসু মাগী ওইরবা ঋষি অতুগা উনখ্রে। মাতুদগী হৌনা মাগী মমিং "গন্ধবতী" অস্থুম হায়না খংনখি ॥ ১২০-১২১॥ মাগী মুংশিরবা মনমবু মীনা যুথক অমগী লমদগী নম্বা ফংঙি, অদুনা মাগী মমিংবু 'যোজনগন্ধা" অস্থুম হায়নসু খংনখি ॥ ১২২॥ অস্থুম্না সত্যবতীনা অথোইবা বব ফংবদা মথৱাই মুংঙাইখি, পরাশব ঋষিগী সংসর্গদগী খুদক্তা গর্ভ পুখি অমসুং পোকখি ॥ ১২৩॥

পরাশরগী মচা অসি যমুনাগী দ্বীপ অমদা পোকখি। মতমগী মতুং ইন্না অস্থুম অস্থুম চাওখংলক্তুনা অকনবা ব্রহ্মতেজ লৈবা নিপা অমা ওইখি, মমাগী যাথং লৌতুনা বনদা তপস্যা তৌবা চংকে হায়না খনখ্রে ॥ ১২৪॥ মহাক্না মমাদা হাযখি— ইমা! ঐনা তৌবদা কান্নগদবা থবক হেক লাকপদা নিশিংবিরকপা মতমদা লাকচগনি। অস্থুম তৌনা পরাশর ঋষিগী ঔরসদগী সত্যবতীগী গর্ভদা দ্বৈপায়ন ব্যাস পোকখি ॥ ১২৫॥ অঙাং অসি দ্বীপ অমদা য়োকথাক্তুনা চাওখি হায়তুনা 'দ্বৈপায়ন' অস্থুম হায়না খংনখ্রে। মহাজ্ঞানী ওইরবা দ্বৈপাযননা মতমগী মতুং ইন্না যুগ যুগ খুদিংগী ধর্ম্মগী শরুক মরিগী শরুক অমমম হস্থরক্লে হায়বসি খংলদুনা অমদি মীওইবগী আয়ু, শক্তি পুম্বা নোংম নোংমগী হস্থরকপা অদুগা যুগী অবস্থাবু উরদুনা বেদ অমসুং ব্রাহ্মণশিংগী কাম্মনবগী মমক হায়বদি বেদবু অমদি ব্রাহ্মণবু মুংখিদনবগীদমক, অমতা ওইবা বেদবু শরুক মরি থোক্না খায়দোকখি, অদুদগী ব্যাস অস্থুম হায়না জগৎনা খংনখি ॥ ১২৬-১২৭॥ মতিক চাওরবা, বরপীনহৈরবা, মুনি অথোইবা দ্বৈপায়ননা সুমন্তু, জৈমিনি, পৈল অমসুং মচা শুক অদুগা বৈশম্পায়ননা ঋক, সাম, যজু, অথর্ব বেদ মরি অসি অদুগা মঙা শুবা বেদ মহাভারত অসি তম্বিখি, মতুংদা

তথা ভীষ্মঃ শান্তনবো গঙ্গায়ামমিতদ্যুতিঃ। বসুবীর্য্যাৎ সমভবন্মহাবীর্য্যো মহাযশাঃ ॥১৩০॥
বেদার্থবিচ্চ ভগবানৃষির্বিপ্রো মহাযশাঃ। শূলে প্রোতঃ পুরাণর্ষিরচৌরশ্চৌরশঙ্কয়া ॥১৩১॥
অণীমাণ্ডব্য ইত্যেবং বিখ্যাতঃ স মহাযশাঃ। স ধর্ম্মমাহূয় পুরা মহর্ষিরিদমুক্তবান্ ॥১৩২॥
ইষীকয়া ময়া বাল্যাদ্বিদ্ধা হ্যেকা শকুন্তিকা। তৎ কিল্বিষং স্মরে ধর্ম্ম! নান্যৎ পাপমহং স্মরে ॥১৩৩॥
তন্মে সহস্রমমিতং কস্মান্নেহাজয়ত্তপঃ। গরীয়ান্ ব্রাহ্মণবধঃ সর্ব্বভূতবধাদ্যতঃ ॥১৩৪॥
তস্মাত্ত্বং কিল্বিষাদস্মাচ্ছূদ্রযোনৌ জনিষ্যসি। তেন শাপেন ধর্ম্মোঽপি শূদ্রযোনাবজায়ত ॥১৩৫॥
বিদ্বান্ বিদুররূপেণ ধার্ম্মিকঃ কিল্বিষাত্ততঃ। সঞ্জয়ো মুনিকল্পস্তু জজ্ঞে সূতো গবল্গণাৎ ॥১৩৬॥
সূর্য্যাচ্চ কুন্তিকন্যায়াং জজ্ঞে কর্ণো মহাবলঃ। সহজং কবচং বিভ্রৎ কুণ্ডলোদ্দ্যোতিতাননঃ ॥১৩৭॥
অনুগ্রহার্থং লোকানাং বিষ্ণুর্লোকনমস্কৃতঃ। বসুদেবাত্তু দেবক্যাং প্রাদুর্ভূতো মহাযশাঃ ॥১৩৮॥
অনাদিনিধনো দেবঃ স কর্ত্তা জগতঃ প্রভুঃ। অব্যক্তমক্ষরং ব্রহ্ম প্রধানং ত্রিগুণাত্মকম্ ॥১৩৯॥
আত্মানমব্যয়ঞ্চৈব প্রকৃতিং প্রভবং প্রভুম্। পুরুষং বিশ্বকর্ম্মাণং সত্ত্বযোগং ধ্রুবাক্ষরম্ ॥১৪০॥

হৌযরিবা মথোযসিনা মহাভারতগী মূল সংহিতাশিংবু মথং মথং ফোংদোকখি ॥.১২৮-১২৯॥ থোইনা কল্লবা, মিংচৎ চাওরবা, পান্দমনিঙাই লৈত্রবা তেজনা মহাককী ওইরবা শান্তনুগী মচা ভীষ্মনা বসু নিপালগী অংশ ওইনা গঙ্গাগী গর্ভদা পোকখি ॥ ১৩০ ॥ বেদ হৈরবা, মগুন চাওরবা, মিংচৎ চাওরবা কুইরবা অনীমাণ্ডব্য কোবা মুনি অদুবু নিংথৌনা নোংমা হুরান্দ্রবসু হুরানবনি হায়না চিংনঙ্কা তানা মশাদা লেংশিনহনখি ॥ ১৩১ ॥ মতম অদুদা মিংচৎ চাওরবা, ফাওরবা অনীমাণ্ডব্য ঋষিনা ধর্ম্ম কোবা লাইবু কৌরগা অসুম হায়খি ॥ ১৩২ ॥ হে ধর্ম্মরাজ! মমাংঙৈদা অঙাং ওইরিঙৈদা অঙাং ওইবগী ভাওবনা শীংনাং অমনা থিন্দুনা উচেক অমা হাৎখি। পাপকী থবক অদুমত্তংদি ঐনা নিংশিংলি। অদু নত্তবা অতৈ ঐনা ঐগী পুনসিদা অতৈ পাপ অমতা তৌবা লৈখিদে ॥১৩৩॥

ধর্ম্মরাজ! ঐনা তৌখিবা পাপ অদুদগী শকক লিশিং অমা হেন্না ঐনা তৌখিবা তপস্যাশিং অদুনা পাপ সিমতত্ত কোকহনবা ঙমজিবসি করিগীনো? ফরে, জীব পুম্বা হাৎপদগীসু ব্রাহ্মণ অমতং হাৎপগী পাপনা হেন্না চাওরিবনি। মরম অদুনা হে ধর্ম্ম! নংসু ব্রাহ্মণ ঐবু হাৎপা পাপ অসিদগী শূদ্রগী যোনিদা পোকউরগদবনি। অনীমাণ্ডব্য কোবা মুনিগী শাপতগী ধর্ম্ম কোবা লাইনা শূদ্রগী যোনিদা চংখি অমদি পোকখি। পাপ অদুদগী ধর্ম্মনা ধর্ম্ম চল্লবা, জ্ঞানী ওইরবা বিদুর ওইনা পোকখি। মুনিগা মান্নরবা সঞ্জয়না সূতগী জাতিদা গবল্গণগী মচা ওইনা পোকখি ॥ ১৩৪—১৩৬ ॥ সূর্য্যদেবগী ঔরসদগী কুন্তিভোজগী কন্যাগী গর্ভদা হেক পোকপগা কবচ অমদি কুণ্ডলগা লোয়ননা ভাল্লবা মাইথোং পুদুনা কর্ণ পোকখি ॥১৩৭॥ (মিংচৎ চাওরবা মরোল অহুমনা পূজা তৌবদা মতিক চারবা শ্রীবিষ্ণুনা লোকপুম্ববু মুংশিবীবগী বসুদেবগী ঔরসদগী দেবকী গর্ভদা চংহনা অবতার ত্তোখি ॥১৩৮॥ পোকপা শিব লৈতবা, জগৎপুম্ববু ভাক্লিবা অমাং অতা লৈত্রবা, ফোংদোকপা য়াত্রবা খন্নাইগী অখোইবা, গুণ অহুমনা মশক ওইরবা ব্রহ্মনি) ॥১৩৯॥

মহর্ষি খিখিজা মহাকপু জীবাত্মা অবিনশ্বর হায়রবদি অমাং অতা লৈতবা, করিগুম্বা মতমদা

অনন্তমচলং দেবং হংসং নারায়ণং প্রভুম্ । ধাতারমজমব্যক্তং যমাহুঃ পরমব্যয়ম্ ॥১৪১॥
কৈবল্যং নির্গুণং বিশ্বমনাদিমজমব্যয়ম্ । পুরুষঃ স বিভুঃ কর্ত্তা সর্বভূতপিতামহঃ ॥১৪২॥
ধর্ম্মসংস্থাপনার্থায় প্রযজ্ঞেঽন্ধকবৃষ্ণিষু । অস্ত্রজ্ঞৌ তু মহাবীর্য্যৌ সর্বশস্ত্রবিশারদৌ ॥১৪৩॥
সাত্যকিঃ কৃতবর্ম্মা চ নারায়ণমনুব্রতৌ । সত্যকাদ্ধৃদিকাচ্চৈব জজ্ঞাতেঽস্ত্রবিশারদৌ ॥১৪৪॥
ভরদ্বাজস্য চ স্কন্নং দ্রোণ্যাং শুক্রমবর্দ্ধত । মহর্ষেরুগ্রতপসস্তস্মাদ্ দ্রোণো ব্যজায়ত ॥১৪৫॥
গৌতমান্মিথুনং জজ্ঞে শরস্তম্বাচ্ছরদ্বতঃ । অশ্বত্থাম্নশ্চ জননী কৃপশ্চৈব মহাবলঃ ॥১৪৬॥
অশ্বত্থামা ততো জজ্ঞে দ্রোণাদেব মহাবলঃ । তথৈব ধৃষ্টদ্যুম্নোঽপি সাক্ষাদগ্নিসমদ্যুতিঃ ॥১৪৭॥
বৈতানে কর্ম্মণি ততে পাবকাৎ সমজায়ত । বীরো দ্রোণবিনাশায় ধনুরাদায় বীর্য্যবান্ ॥১৪৮॥
তথৈব বেদ্যাং কৃষ্ণাপি জজ্ঞে তেজস্বিনী শুভা । বিভ্রাজমানা বপুষা বিভ্রতী রূপমুত্তমম্ ॥১৪৯॥
প্রহ্লাদশিষ্যো নগ্নজিৎ সুবলশ্চাভবত্তদা । তস্য প্রজা ধর্ম্মহন্ত্রী জজ্ঞে দেব প্রকোপনাৎ ॥১৫০॥
গান্ধাররাজপুত্রোঽভূচ্ছকুনিঃ সৌবলস্তথা । দুর্য্যোধনস্য জননী জজ্ঞাতেঽর্থবিশারদৌ ॥১৫১॥

---

মশক হোংদ্রবা, থবক পূম্বগী কারণ ওইবা প্রভাব কল্লবা, পুরুষ ভগবান ওইরবা, পুম্নমকপু উনা উনা পুম্নমকপু শেমলিবা, সত্বগুণনা মরম ওইরদুনা জীব পূম্নমক্কী তিন্নফম ওইবা, ওঁকারগী মশক ওইরবা, অয়োইবা লৈতবা, লেংবা লৈত্রবা, হংসগী মশক ওইরবা, নারায়ণ কৌবা, জগৎপুম্বগী তুংনফম, পোকপা শিবা লৈত্রবা, খন্নাইদগী কুপ্লবা, খন্নাইদগী অথোইবা, মতম লৈবখিসিক্কা অফা অপুনবা লৈত্রবা গুণ অহুমদগী লাপ্থোকখ্রবা, পূম্নমক্কী মশক ওইরবা, মাদু পোকপা কনাম্ম লৈতবা, মশক হোংবা লৈত্রবা, শক্তি পূম্বনা তিল্লবা, জগৎ পূম্ববু শেম্বিরিবা, জীব পানবা পুম্বগী অপোকপয়ম্ম পোকপিবা অদুগুম্বা মহাপুরুষ ভগবাননা ধর্ম্মবু ঙাককে হায়বগী অন্ধক বৃষ্ণি বংশদা পোকখি। খুৎসু খুৎলাইদা চংখোল্লবা, মপাঙ্গল কল্লবা, সাত্যকি অমদি কৃতবর্ম্মা কৌবা অনিনিমা মত্যক অমদি হৃদিক অনিদগী মথং শিংনা পোকখি অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী থবক পুন্নদা তুংইনবা ওইখি ॥ ১৪০-১৪৪॥
(ভরদ্বাজ ঋষিদগী নাপ্থোকখিবা শুক্র অদু করিগুম্বা পর্ণকুট হায়বদি উনাগী কোনা অমদা তান্না অমাং অক্তা লৈতনা তুংজ্জনা লৈখি। তপ কল্লবা মহর্ষি ভরদ্বাজগী কল্লবা তপস্যাদগী অদুমনা দ্রোণ পোকখি)॥ ১৪৫ ॥

শরৎ ঋতুগী মতমদা শীংথাংগী মখোত্তা তারকপা গৌতমগী বীর্য্যদগী মিপা অমসুং নুপী অমা পোকই। মদুগী অদুনা অশ্বত্থমাগী মমা কৃপীনি অমসুং কৃপাচার্য্যনি ॥১৪৬॥ কৃপীগী মর্ভদা দ্রোণগী ঔরসদগী কল্লবা অশ্বত্থামা পোকখি। কল্লবা দ্রোণ অদুবু হাৎনবগী থাংগৈশেংবা মীরা মাঙলান্নবা পুরবা কল্লবা ধৃষ্টদ্যুম্ন নীরং তেনগা লোয়ননা যজ্ঞদগী বজ্ঞগী মৈসুমদগী পোকখি ॥১৪৭-১৪৮॥ ময়েংবা কুচুনা মঙাক্কী ওইরবী, থোইনা ফজরবী, অফবা মকমনা তিন্নবী দ্রৌপদীসু বজ্ঞগী বেদীদগী পোকখি ॥১৪৯॥ মতম অদুদা প্রহ্লাদগী শিষ্য নগ্নজিৎ অমসুং সুবল নাম্মি অদি পোকখি। মখোয়গী মচাদা দেবতাশিংনা শাওদগী সুবলগী মচানা শকুনি হায়বা ধর্ম্মগী অয়েকপা ওইবা পোকখি চরুকদা

কৃষ্ণদ্বৈপায়নাজ্জজ্ঞে ধৃতরাষ্ট্রো জনেশ্বরঃ। ক্ষেত্রে বিচিত্রবীর্য্যস্য পাণ্ডুশ্চৈব মহাবলঃ ।।১৫২।।

ধর্ম্মার্থকুশলো ধীমান্ মেধাবী ধৃতকল্মষঃ। বিদুরঃ শূদ্রযোনৌ তু জজ্ঞে দ্বৈপায়নাদপি ।।১৫৩।।

পাণ্ডোস্তু জজ্ঞিরে পঞ্চ পুত্রা দেবসমাঃ পৃথক্। তেষাং স্ত্রিয়োঃ গুণজ্যেষ্ঠস্তেষামাসীদ্যুধিষ্ঠিরঃ ।।১৫৪।।

ধর্ম্মাদ্যুধিষ্ঠিরো জজ্ঞে মারুতাচ্চ বৃকোদরঃ। ইন্দ্রাদ্ধনঞ্জয়ঃ শ্রীমান্ সর্ব্বশস্ত্রভৃতাং বরঃ ।।১৫৫।।

জজ্ঞাতে রূপসম্পন্নাবশ্বিভ্যাঞ্চ যমাবপি। নকুলঃ সহদেবশ্চ গুরুশুশ্রূষণে রতৌ ।।১৫৬।।

তথা পুত্রশতং জজ্ঞে ধৃতরাষ্ট্রস্য ধীমতঃ। দুর্য্যোধনপ্রভৃতয়ো যুযুৎসুঃ করণস্তথা ।।১৫৭।।

ততো দুঃশাসনশ্চৈব দুঃসহশ্চাপি ভারত। দুর্ম্মর্ষণো বিকর্ণশ্চ চিত্রসেনো বিবিংশতিঃ ।।১৫৮।।

জয়ঃ সত্যব্রতশ্চৈব পুরুমিত্রশ্চ ভারত। বৈশ্যাপুত্রো যুযুৎসুশ্চ একাদশ মহারথাঃ ।।১৫৯।।

অভিমন্যুঃ সুভদ্রায়ামর্জ্জুনাদভ্যজায়ত। স্বস্রীয়ো বাসুদেবস্য পৌত্রঃ পাণ্ডোর্মহাত্মনঃ ।।১৬০।।

পাণ্ডবেভ্যো হি পাঞ্চাল্যাং দ্রৌপদ্যাং পঞ্চ জজ্ঞিরে। কুমারা রূপসম্পন্নাঃ সর্বশস্ত্রবিশারদাঃ ।।১৬১।।

প্রতিবিন্ধ্যো যুধিষ্ঠিরাৎ সুতসোমো বৃকোদরাৎ। অর্জ্জুনাচ্ছ্রুতকীর্ত্তিস্তু শতানীকস্তু নাকুলিঃ ।।১৬২।।

তথৈব সহদেবাচ্চ শ্রুতসেনঃ প্রতাপবান্। হিড়িম্বায়াঞ্চ ভীমেন বনে জজ্ঞে ঘটোৎকচঃ ।।১৬৩।।

---

গন্ধারগী নিংথৌ সুবলনা মচা শকুনি হায়বা অমগা মতুংদা দুর্য্যোধনগী মমা ওইরকদবী কন্যা অমগা অনি পোকখি। অনি অসিমক অর্থনীতিদা য়াম্না হৈবনি ।।১৫১।। ধৃতরাষ্ট্র কৌবা নিংথৌগা, মপাঙ্গল কল্লবা পাণ্ডুগা অনিসি কৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদব্যাসগী ঔরসদগী বিচিত্রবীর্য্যগী ভার্য্যাগী গর্ভদা পোকখি ।।১৫২।। ধর্ম্ম অমসুং অর্থনীতিদা হৈয়বা, মেধা লৈরবা, পাপচেন্দ্রবা বিদূরনা ব্যাসগী ঔরসদগী মিনাই মুপীগী গর্ভদা পোকখি ।।১৫৩।। পাণ্ডুগী ভার্য্যা অনিদা লাইগা মান্নরবা মচা মঙা তোঙাল তোঙালবা মওংদা পোকখি; মখোয়গী মনুংদা যুধিষ্ঠিরনা চহিদা অমদি গুণদা অহল্লি ।।১৫৪।। ধর্ম্মদগী যুধিষ্ঠির মুংশিত্তগী ভীম, ইন্দ্রদগী খুৎলাই পায়বা হৈবশিংগী মনুংদা অথোইবা নিংথিজরবা অর্জ্জুন পোকখি ।।১৫৫।। থোইদোক্না নিংথিজরবা নকুল সহদেব অনিনা অশ্বিনী কুমার অনিদগী ফাইবোক ওইনা পোকখি, অনি অসি গুরুগী সেবাদা য়াম্না পুক্রিং চংখি ।।১৫৬।। বুদ্ধিমান ওইরবা ধৃতরাষ্ট্রগী দুর্য্যোধনচিংবা মচা চাম পোকখি; মখোয়গী মনুংদা যুযুৎসু হায়না কৌবা অমনা বৈশ্য নিঙোলগী গর্ভদা পোকখি ।।১৫৭।।

মখোয়গী মনুংদা দুর্য্যোধন, দুঃশাসন, দুঃসহ, দুর্ম্মর্ষণ, বিকর্ণ, চিত্রসেন, বিবিংশতি, জয়, সত্যব্রত, পুরুমিত্র, অমদুগা বৈশ্য নিঙোলগী গর্ভদা পোকপা যুযুৎসু মখোয় তরামাথোই অসিদি মহারথীমক্তনি ।।১৫৮-১৫৯।। অর্জ্জুনগী খারাদগী সুভদ্রাগী গর্ভদা অভিমন্যু পোকখি; মহাক অসি কৃষ্ণগা মন্নামকনি অমদুগা মহাত্মা পাণ্ডুগী মচানি ।।১৬০।। পাণ্ডব মঙাগী ঔরসদগী দ্রৌপদীগী ভদা থোইদোক্না নিংথিজরবা অস্ত্রবিদ্যাদা চংখোম্লবা মচা মঙা পোকখি ।।১৬১।। যুধিষ্ঠিরনা প্রতিবিন্ধ্য, ভীমনা সুতসোম, অর্জ্জুননা শ্রুতকীর্ত্তি, নকুলনা শতানীক অমদি সহদেবনা শ্রুতসেনঃ পোকই। অমদুগা মখোয় মঙা অসি পোকখিরৈদনা বনাদগী মতমদা ভীমগী ঔরসদগী হিড়িম্বাগী গর্ভদা ঘটোৎকচ পোকখি ।।১৬২-১৬৩।।

শিখণ্ডী দ্রুপদাজ্জজ্ঞে কন্যা পুত্রত্বমাগতা। যাং যক্ষঃ পুরুষং চক্রে স্থূণঃ প্রিয়চিকীর্ষয়া ॥১৬৪॥
কুরূণাং বিগ্রহে তস্মিন্ সমাগচ্ছন্ বহূন্যথ। রাজ্ঞাং শতসহস্রাণি যোৎস্যমানানি সংযুগে ॥১৬৫॥
তেষামপরিমেয়াণাং নামধেয়ানি সর্বশঃ। ন শক্যানি সমাখ্যাতুং বর্ষাণাময়ুতৈরপি।
এতে তু কীর্ত্তিতা মুখ্যা যৈরাখ্যানমিদং ততম্ ॥১৬৬॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
আদিবংশাবতারণে ব্যাসাদ্যুৎপত্তির্নাম অষ্টপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

—(০)—

দ্রুপদ নিংথৌগী শিখণ্ডী কৌবী মচানুপী অমা পোকখি, মতুংদা মহাক অসি নিপা ওনখি। স্থূণ কৌবা যক্ষ অমাগী পেন্নবগীদমক কন্যা অসিবু নিপা ওইহনখিবনি ॥১৬৪॥ কুরুবংশগী লাণ্ডাউদা লৈবাক লৈবাক্কী চাউর চাউরবা নিংথৌ কয়া কয়া লাল য়াণ্ডগে হায়দুনা লাকখি ॥১৬৫॥ মাখোয়গী চপ চানা মশিং থিবদি ওইথোক্তবনি, মখোয়গী মমিংদা থাবদা চহি লিশিং তরাস্থ কোয়রোই। অদুমদি ওইরবদা অথোইবা মতিক চারবা থরগী মিংদি হায়জথ্রবহনি; মখোয়গী মহাক্তক্তগী পাক চাওরবা মহাভারতগী ৱারি শিন্থুংখিব্রনি ॥১৬৬॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা থল্লবা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদি পর্ব্বদা আদিবংশাবত্তারদা 'ব্যাসাদ্যুৎপত্তি' কৌবা যাংখৈনিপাল শুবা অধ্যায় লোয়রে।

——:০:——

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব—আদিবংশাবতারণে অংশাবতরণং

### (য়াংখৈমাপল শুবা অধ্যায়)

——০*০——

জনমেজয় উবাচ।

য এতে কীর্ত্তিতা ব্রহ্মন্। যে চান্যে নানুকীর্ত্তিতাঃ। সম্যক্ তান্ শ্রোতুমিচ্ছামি রাজ্ঞশ্চান্যান্ সহস্রশঃ ॥১॥
যদর্থমিহ সম্ভূতা দেবকল্পা মহারথাঃ। ভুবি তন্মে মহাভাগ। সম্যগাখ্যাতুমর্হসি ॥২॥

জনমেজয়না হায়খি—মহাশয়। নংনা হায়খিব্রবা নিংথৌ থর অসিগী অমদি হায়বিখিদ্রিবা মখোয়শিং অমগীসু ৱারিদি মপুংফানা তাজনিংঙি। লাইশা য়ামনা কাঁববা অজরবা মহারথিশিং অদুনা

বৈশম্পায়ন উবাচ।

মহত্তং খল্বিদং রাজন্! দেবানামিতি নঃ শ্রুতম্। তত্তু তে কথয়িষ্যামি নমস্কৃত্বা স্বয়ম্ভুবে ॥৩॥
ত্রিঃসপ্তকৃত্বঃ পৃথিবীং কৃত্বা নিঃক্ষত্রিয়াং পুরা। জামদগ্ন্যস্তপস্তেপে মহেন্দ্রে পর্বতোত্তমে ॥৪॥
তদা নিঃক্ষত্রিয়ে লোকে ভার্গবেণ কৃতে সতি। ব্রাহ্মণান্ ক্ষত্রিয়া রাজন্! সুতার্থিন্যোঽভিচক্রমুঃ ॥ ৫ ॥
তাভিঃ সহ সমাপেতুর্ব্রাহ্মণাঃ সংশিতব্রতাঃ। ঋতাবৃতৌ নরব্যাঘ্র! ন কামান্নানৃতৌ তথা ॥ ৬ ॥
তেভ্যশ্চ লেভিরে গর্ভং ক্ষত্রিয়াস্তাঃ সহস্রশঃ। ততঃ সুষুবিরে রাজন্! ক্ষত্রিয়ান্ বীর্য্যবত্তরান্ ॥ ৭ ॥
কুমারাংশ্চ কুমারীশ্চ পুনঃ ক্ষত্রাভিবৃদ্ধয়ে। এবং তদ্ব্রাহ্মণৈঃ ক্ষত্রং ক্ষত্রিয়াসু তপস্বিভিঃ ॥৮॥
জাতং বৃদ্ধঞ্চ ধর্ম্মেণ সুদীর্ঘেণায়ুষান্বিতম্। চত্বারোঽপি ততো বর্ণা বভূবুর্ব্রাহ্মণোত্তরাঃ ॥৯॥
অভ্যগচ্ছন্নৃতৌ নারীং ন কামান্নানৃতৌ তথা। তথৈবান্যানি ভূতানি তির্য্যগ্‌যোনিগতান্যপি ॥১০॥
ঋতৌ দারাংশ্চ গচ্ছন্তি তত্তথা ভরতর্ষভ। ততোঽবর্দ্ধন্ত ধর্ম্মেণ সহস্রশতজীবিনঃ ॥১১॥
তাঃ প্রজাঃ পৃথিবীপাল! ধর্ম্মব্রতপরায়ণাঃ। আধিভির্ব্যাধিভিশ্চৈব বিমুক্তাঃ সর্বশো নরাঃ ॥১২॥
অথেমাং সাগরাপাঙ্গীং গাং গজেন্দ্রগতাখিলাম্। অধ্যতিষ্ঠৎ পুনঃ ক্ষত্রং সশৈলবনপত্তনাম্ ॥ ১৩ ॥

---

পৃথিবী অসিদা থোকখিবগী মরম থাংগৈগেংনা তশেং তশেংনা লীবিয় ॥১—২॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি—মহারাজ। ঐখোযনা তাবদি মখোয়গী য়ারি অসিবু লোইনা খংবদি দেবতাশিংমক্তম্ভু ভমদে হায়নৈ। অতুবু সৃষ্টিকর্ত্তা ব্রহ্মাগী চরনদা খুকমজরগা য়ারি পুন্নমক অসিময়ামগী মফমদা লীজরগে ॥৩॥ মমাংঙৈদা পরশুরামনা পৃথিবীদা লৈবিবা ক্ষত্রিয় পুম্নমকপু কুনগা মাথোইরক হাত্তুনা পৃথিবীবু কুন-মাথোইরক ক্ষত্রিয় বংশ যাওদবী ওইহনখি, অতুদগী মহেন্দ্র পর্ব্বতদা তপস্যা তৌখি ॥৪॥ মহারাজ! পরশুরামনা পৃথিবীদা লৈরিবা ক্ষত্রিয় শাগৈবু মুৎহল্লবদা, লুখ্রাবী ক্ষত্রিয় মুপীশিংনা মচা কংজনিং-বনা ব্রাহ্মনশিংগী মফমদা চংজখি ॥৫॥ হে নিংথৌ অথোইবা! মতম অদুদা ব্রত কল্লবা ব্রাহ্মনশিংনা ঋতুগী হেক হেক মতম লাকপদা অমমন্না ক্ষত্রিয়গী রমনণীশিংগা উনখি, হাথবিবসি কামদা আসক্তি ওইদুনা তৌবা নত্তে অদুগা ঋতু কাল নত্তবা মতমদা তিন্নবস্থ নত্তে ॥৬॥ মহারাজ! লুখ্রাবী ক্ষত্রিয়গী রমণী লিশিং লিশিংনা ব্রাহ্মনশিংগী ঔরসতগী লোইনা গর্ভ পুখি; অতগী মতুংদা মখোয়না অমুক ক্ষত্রিয় বংশগী চাউখৎনবগী দমক ক্ষত্রিয় কুমার ক্ষত্রিয় কুমারী কয়া পোকপা হোৎখ্রে। মতৌ অসুমনা ক্ষত্রিয়গী জাতি অসি ধর্ম্মগী মতুংইন্না তপস্বী ব্রাহ্মনশিংগী মচা ওইনা ক্ষত্রিয় রমণীশিংগী গর্ভদা মতম কুইনা পুনশিন্নুনা নোংমা নোংমগী মশিং হেনগৎখি। মতুদগী অমুক ব্রাহ্মননাচিংবা বর্ণমরিনা পৃথিবী শিন্নুংখি ॥৭—৯॥ মতম অদুদা মীওইবদা নত্তনা অতৈ অতৈ জীব জন্তুসু ধর্ম্মগী শক্তিনা কন্নিঙৈদা ঋতু কাল মতমদদা তৌগদৌবা মথৌগী য়াথলদা মাগী মাগী লোইনবিগা উনৈ; হায়রিবসিসু কামগী য়াথত্তনা উনবা নত্তে অদুগা ঋতু নত্তবা মতমদসু উনবা নত্তে ॥১০॥

হে ভরত বংশগী অথোইবা! নিয়ম অসি কাইদনা চংপনা মখোইনা পোকলকপা মচাশিং অদো ধর্ম্মগী নিয়ম কাইদনা চংপনা মত্তিকমত্তন চাওনা চহি লিশিং লিশিং পুনশিখি ॥১১॥ মহারাজ! মতম অদুগী মীয়োন অদু অরাধনা ধর্ম্ম চেৎলি, ব্রত উপাসনাদা পুক্নিং চংঙি; মরম অদুমক্তনা মখোয়গী মপাদা কন্নিঙবা লাইরবুং-লাইবা অমত্তা পোকখিদে ॥১২॥ হে শামুঙমনা কাবা মহারাজ! অসিগী

প্রশাসতি পুনঃ ক্ষত্রে ধর্ম্মেণেমাং বসুন্ধরাম্। ব্রাহ্মণাদ্যাস্ততো বর্ণা লেভিরে মুদমুত্তমাম্ ॥১৪॥
কামক্রোধোদ্ভবান্ দোষান্ নিরস্য চ নরাধিপাঃ। ধর্ম্মেণ দণ্ডং দণ্ড্যেষু প্রণয়ন্তোঽন্বপালয়ন্ ॥১৫॥
তথা ধর্ম্মপরে ক্ষত্রে সহস্রাক্ষঃ শতক্রতুঃ। স্বাদু দেশে চ কালে চ বর্ষেণাপায়য়ন্ প্রজাঃ ॥১৬॥
ন বাল এব ম্রিয়তে তদা কশ্চিজ্জনাধিপ! ন চ স্ত্রিয়ং প্রজানাতি কশ্চিদপ্রাপ্তযৌবনাম্ ॥১৭॥
এবমায়ুষ্মতীভিস্তু প্রজাভির্ভরতর্ষভ! ইয়ং সাগরপর্য্যন্তা সমাপূর্য্যত মেদিনী ॥১৮॥
ঈজিরে চ মহাযজ্ঞৈঃ ক্ষত্রিয়া বহুদক্ষিণৈঃ। সাঙ্গোপনিষদান্ বেদান্ বিপ্রাশ্চাধীয়তে তদা ॥১৯॥
ন চ বিক্রীণতে ব্রহ্ম ব্রাহ্মণাশ্চ তদা নৃপ! ন চ শূদ্রসকাশে বৈ বেদানুচ্চারয়ন্ত্যুত ॥২০॥
কারয়ন্তঃ কৃষিং গোভিস্তথা বৈশ্যাঃ ক্ষিতাবিহ। যুঞ্জতে ধুরি নো গাশ্চ কৃশাঙ্গাংশ্চাপ্যজীবয়ন্ ॥২১॥
ফেনপাংশ্চ তথা বৎসান্ ন দুহন্তি স্ম মানবাঃ। ন কূটমানৈর্বণিজঃ পণ্যং বিক্রীণতে তদা ॥২২॥
কর্ম্মাণি চ নরব্যাঘ্র! ধর্ম্মোপেতানি মানবাঃ। ধর্ম্মমেবানুপশ্যন্তশ্চক্রুর্ধর্ম্মপরায়ণাঃ ॥২৩॥
স্বধর্ম্মনিরতাশ্চাসন্ সর্ব্বে বর্ণা নরাধিপ! এবং তদা নরব্যাঘ্র! ধর্ম্মো ন হ্রসতে ক্বচিৎ ॥২৪॥

---

মতুংদা ক্ষত্রিয়গী মশিং নোংমা নোংমগী হেন্নংলকপনা চীং, বন, অয়াম্বা নগর অমদি সমুদ্রনা থল্লবা পৃথিবীগী শরুক অয়াম্বা মথোয়গী ওইখে ॥ ১৩ ॥ ক্ষত্রিয়শিংনা কায়দনা পৃথিবীবু ঙাকখি। ব্রাহ্মণশিংনা যৈথাই থিঙ্গাইবা লৈতবহনা য়াম্না মুংঙাইনা ধর্ম্ম অমদি জ্ঞানদা মতম লেনবা হৌখি ॥ ১৪ ॥ নিংথৌশিংনা অপাম্বা, মিহৌবা, অশাওবা য়াওদনা শাস্ত্রগী মতুং ইন্না অরানবা মীশিংবু দণ্ড নীতিনা সাশন তৌখি ॥ ১৫ ॥ নিংথৌশিংনা ধর্ম্মদা পুক্নিং চংবা অমত উবদা ইন্দ্রনা প্রজাশিংগী পেন্নবগীদমক অমদি মহৈ মরোং মরাং কায়না যংননবগীদমক মথম মতম চানা চানা অমৃতগী মশক ওইরবা নোংগী ধার খিকথখি ॥ ১৬ ॥ মহারাজ! মী ওইবগী পুনশি মতোনলোমদনা, অমমৃতুনা মরম ওইদুনা কনাম্বু নাহা ওইনা শিবা য়াওখিদে; নিপা মপী পূম্বা চহি মতম চাগ্রিজেদনা অমগা অমগা তিন্নবা উনবা হৌনদে হায়বসি থংঙমই ॥ ১৭ ॥ হে ভরত শাগৈগী অথোইবা! অসিগুম্বা পুর্ন্নসরবা প্রজাশিংতনা সমুদ্র যাওবা শন্দোকখ্রবা পৃথিবীবু শিন্থখ্রবা কুপথি ॥ ১৮ ॥ ক্ষত্রিয়শিংনা দক্ষিনা মরাং কায়না কৎলবা অচৌ অচৌবা যজ্ঞ কয়া তৌনরমই। অদুগা ব্রাহ্মণশিংনা থবক্কসিং অমদু নিংথিনা পাংথোকনবা ব্যাকরণনচিংবা অঙ্গ তরুকা লোয়ননা বেদমরি অমদি পুরাণধর্ম্ম শাস্ত্রনা চিংবা তৈনখি ॥ ১৯ ॥ মহারাজ! মতম অদুদা লৈরম্বা ব্রাহ্মণশিংনা ধর্ম্ম শাস্ত্র বেদবু থক [illegible] হায়বদি পা থুদিং চহি থুদিং [illegible] অকক্না। লোইনা [illegible] অদুগা শূদ্রশিংগী [illegible] বেদ উচ্চারণ তৌখিদে ॥ ২০ ॥ বৈশ্যশিংনা পৃথিবীদা লৈরিবা [illegible] শিংদগী মতেং লৌদুনা কৃষি কর্ম্ম তৌখি অমগা যণবীশিংবু অন্নাম্বা পোৎ পুবগী থবক্তা শিজিনখিদ্রে অদুগা [illegible] [illegible] শিংবু মতিক চানা পিজদুনা নোয়হনমই ॥ ২১ ॥ যণবীদা [illegible] [illegible] [illegible] মচানা থকচগদৌবা শঙোম থক শুমদোকখিদে। অদোনবা বনিকশিংনা পোৎজোম [illegible] [illegible] থক [illegible] ॥ ২২ ॥ হে নিংথৌ অথোইবা! মী পুম্নমক [illegible] [illegible] [illegible] ধর্ম্ম [illegible] পুক্নিং চংদুনা [illegible] চাবা পুম্নমক ধর্ম্মগী মথক্তা তৌরমই ॥ ২৩ ॥ [illegible] বর্ণ [illegible]

কালে গাবঃ প্রসূয়ন্তে নার্য্যশ্চ ভরতর্ষভ। ফলন্ত্যৃতুষু বৃক্ষাশ্চ পুষ্পাণি চ ফলানি চ ॥২৫॥
এবং কৃতযুগে সম্যগ্‌বর্ত্তমানে তদা নৃপ। আপূর্য্যত মহী কৃৎস্না প্রাণিভির্বহুভির্ভৃশম্ ॥২৬॥
এবং সমুদিতে লোকে মানুষে ভরতর্ষভ। অসুরা জজ্ঞিরে ক্ষেত্রে রাজ্ঞাং তু মনুজেশ্বর ॥২৭॥
আদিত্যৈর্হি তদা দৈত্যা বহুশো নির্জিতা যুধি। ঐশ্বর্য্যাদ্‌ভ্রংশিতাঃ স্বর্গাৎ সম্বভূবুঃ ক্ষিতাবিহ ॥২৮॥
ইহ দেবত্বমিচ্ছন্তো মানুষেষু মনস্বিনঃ। জজ্ঞিরে ভুবি ভূতেষু তেষু তেষ্বসুরা বিভো ॥২৯॥
গোষ্বশ্বেষু চ রাজেন্দ্র! খরোষ্ট্রমহিষেষু চ ক্রব্যাৎসু চৈব ভূতেষু গজেষু চ মৃগেষু চ ॥৩০॥
জাতৈরিহ মহীপাল! জায়মানৈশ্চ তৈর্মহী। ন শশাকাত্মনাত্মানমিয়ং ধারয়িতুং ধরা ॥৩১॥
অথ জাতা মহীপালাঃ কেচিদ্বহুমদান্বিতাঃ। দিতেঃ পুত্রা দনোশ্চৈব তস্মা লোক ইহ চ্যুতাঃ ॥৩২॥
বীর্য্যবন্তোঽবলিপ্তাস্তে নানারূপধরা মহীম্। ইমাং সাগরপর্য্যন্তাং পরীয়ুররিমর্দ্দনাঃ ॥৩৩॥
ব্রাহ্মণান্ ক্ষত্রিয়ান্ বৈশ্যান্ শূদ্রাংশ্চৈবাপ্যপীড়য়ন্। অন্যানি চৈব সত্ত্বানি পীড়য়ামাসুরোজসা ॥৩৪॥
ত্রাসয়ন্তোঽভিনিঘ্নন্তঃ সর্ব্বভূতগণাংশ্চ তে। বিচেরুঃ সর্ব্বশো রাজন্! মহীং শতসহস্রশঃ ॥৩৫॥

---

মাগী মথৌ ধর্ম্ম কাযদনা পাংথোকলমই; অতুমক্তনা ধর্ম্ম অমতস্থ ময়েং তারমদে ॥ ২৪ ॥ হে অথোইবা নিংথৌ! নুপী অমদি যণবী মতম চানা চানা অঙবা মচা পোকলমই। তৈপাল তৈপাল পুম্বা ঋতু মতম চানা মহৈ মরোং চুমলমই ॥ ২৫ ॥ মতৌ অসুমনা মহারাজ! সত্যকনা থল্লবা সত্যগী মীরোন অদো সত্যযুগ হায়না খংনৈ, হায়রিবা যুগ অসিনা মপুং ফানা ওইরক্লবদা জীব জন্তু মথল মথল পৃথিবী শিন্থুংনা পোকখি ॥ ২৬ ॥ হে ভরত শাগৈগী থাওমৈ! মীওইবা হায়বা জাতি অসিনা মতৌ অসুম্না চাওখৎলক্লবদা নিংথৌশিংগী নুপীশিংগী গর্ভদা অসুরশিংনা চংহুনা চংহুনা পোকখি ॥ ২৭ ॥

মরমদি স্বর্গগী দেবতাশিংনা দৈত্যদানবশিংবু লানদা মায়থিবা পিথ্রবা তুং অসিদা মথোযগী মরন মথুম পুম্বা মুলহৌহনা স্বর্গদগী মথোয়বু তানথোকখিবনা অসুরশিং অসিনা মর্ত্তলোকতা লাক্লুনা ক্ষত্রিয়শিং অসিগী ভার্য্যাগী গর্ভদা চং চংহুনা পোকখি ॥২৮॥ মহারাজ! শিংলবা অসুরশিং অসিনা মর্ত্তলোকতা লাকলগা মী ওইবগী মরক্তা দেবতাগুম লৈনিংবনা মানা মানা চংনিংবা অক অকবা গর্ভদা চোংশিন্দুনা পোকখি ॥২৯॥ যণ, শগোল, লোলা, উট, ইরোই, শামু, শজি, অমদি সাহিংচাবা জীব কয়া পোকনিংঙায় লৈতহনা য়াম্না হন্থুরবা গর্ভদা চং-চংহুনা পোকখি ॥ ৩০ ॥ মহারাজ! পৃথিবী অসিনা মশা মথন্তনা মশা মথন্তবু ঙাকচহনা লাকখিবনি, অতুবু মতম অতুদা পোকথ্রবা অমদি পোকলকলিবা হিংচা য়াইতব্বাশিংগী ভারনা মশা মথন্তনা মশামথন্তবু ঙাকচবা ঙমত্রে ॥ ৩১ ॥ অতুগী মতুংদা স্বর্গদগী লৈথা তারক্লবা নাপল তৌরবা ময়াই কারবা দৈত্য-দানব থম্বনা পৃথিবীদা নমত্তুনা নিংথৌ ওইররে ॥ ৩২ ॥ মপাঙ্গল কল্লবা, নাপল তৌরবা, য়েক্লবা ঙম্বা অসুরশিংনা মথল মথা অয়াম্বা শকলোন পুহনা সমুদ্র কাওবা পন্দোকথ্রবী পৃথিবী শিন্নথুংনা মথোয়তনা কুপথ্রে ॥ ৩৩ ॥ মথোয়না মাগী মাগী মপাঙ্গল মতিক মথৌনা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, শূদ্র অমদি অতোপ্পা অতোপ্পা জাতি ওৎপা, তৈবা হৌরক্লে; অমুক কপ্তি হায়রকনি মনগী শা-উচেক কাউবা মথোয়না তৈদিরকলে ॥ ৩৪ ॥ বেদ বিরোধী

আশ্রমস্থান্ মহর্ষীংশ্চ ধর্ষয়ন্তস্ততস্ততঃ। অব্রহ্মণ্যা বীর্য্যমদা মত্তা মদবলেন চ ॥৩৬॥

এবং বীর্য্যবলোৎসিক্তৈর্ভূরিয়ন্তৈর্মহাসুরৈঃ। পীড্যমানা মহী রাজন্ ! ব্রহ্মাণমুপচক্রমে ॥৩৭॥

নহীমে ভূতসত্ত্বৌঘাঃ পন্নগাঃ সনগাং মহীম্। তদা ধারয়িতুং শেকুরাক্রান্তাং দানবৈর্বলাৎ ॥৩৮॥

ততো মহী মহীপাল ! ভারার্ত্তা ভয়পীড়িতা। জগাম শরণং দেবং সর্ব্বভূতপিতামহম্ ॥৩৯॥

সা সংবৃতং মহাভাগৈর্দেবদ্বিজমহর্ষিভিঃ। দদর্শ দেবং ব্রহ্মাণং লোককর্ত্তারমব্যয়ম্ ॥৪০॥

গন্ধর্ব্বৈরপ্সরোভিশ্চ দেবকর্ম্মসু নিষ্ঠিতৈঃ। বন্দ্যমানং মুদোপেতৈর্ববন্দে চৈনমেত্য সা ॥৪১॥

অথ বিজ্ঞাপয়ামাস ভূমিস্তং শরণার্থিনী। সন্নিধৌ লোকপালানাং সর্ব্বেষামেব ভারত ! ॥৪২॥

তৎপ্রধানাত্মনস্তস্য ভূমেঃ কৃত্যং স্বয়ম্ভুবঃ। পূর্ব্বমেবাভবদ্রাজন্ ! বিদিতং পরমেষ্ঠিনঃ ॥৪৩॥

স্রষ্টা হি জগতঃ কস্মান্ন সংবুধ্যেত ভারত ! সুরাসুরাণাং লোকানামশেষেণ মনোগতম্ ॥৪৪॥

তামুবাচ মহারাজ ! ভূমিং ভূমিপতিঃ প্রভুঃ। প্রভবঃ সর্ব্বভূতানামীশঃ শম্ভুঃ প্রজাপতিঃ ॥৪৫॥

ব্রহ্মোবাচ।

যদর্থমসি সম্প্রাপ্তা মৎসকাশং বসুন্ধরে ! তদর্থং সন্নিযোক্ষ্যামি সর্ব্বানেব দিবৌকসঃ ॥৪৬॥

---

ওইরবা, মপাঙ্গল্লা ময়াইকাররবা, নাপলনা মশা-পূম্বা কুপথ্তবা, অযাম্বা অসুরশিংনা মথৱাই পানবা খিবিক্কী মফমদা অকিবা পোকহনখি, মযম কযাদনা জীব কযাগী মথৱাই মাংহনখি, অমুক কবি হাযকনি তপোবনগী তপস্যা তৌরিবা মহর্ষিশিং গথোয় অতু ফাওবদা উৎপাত তৌবা হৌরক্লে, মতৌ অসুম্না পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা কোয়চৎ চত্তুনা জীব পুম্নমকপু অকিবা পোকহনখি ॥ ৩৫—৩৬ ॥ মহারাজ ! কল্লবা, নাপল তৌরবা অসুরশিংনা মতৌ অসুম্না পৃথিবীবু য়াম্না নৈরকলবদা পৃথিবী মাতানা মশামক চত্তুনা ব্রহ্মাগী মফমদা চৎলুগে খল্লে ॥৩৭॥ মাসিগী মরমদি মতম অতদা দানবশিং অসিনা মপাঙ্গল থেক্না নৈরকপদা পৃথিবীনা লেংওৎপাত্তুদা থাংবা ভুমদহনা অনন্ত শেষনাগনা কূর্ম্মনা, অমদি মাযকৈ ঙাকপা শাম্নুশিংনা চীংমাম্না থল্লবা পৃথিবীবু লেংদনা পুবা ঙমলকত্রে ॥৩৮॥ মহারাজ ! দানবশিংগী ওৎপনা খাংবা ঙম্মকত্রবী কিরবী পৃথিবীনা ব্রহ্মাগী মফমদা চংজখি ॥ ৩৯ ॥ সৃষ্টিকর্ত্তা ওইরবা, অমাং অতা লৈত্রবা, অহন ওইবকপা নাইদ্রবা ব্রহ্মাগী দর্শন পৃথিবীনা ফংখি, মতম অতুদা ব্রহ্মাসি দেবতাশিংনা, মহর্ষিশিংনা অমদি ব্রাহ্মণশিংনা ইকোয কোযশিন্দুনা লৈরমই ॥৪০॥ গন্ধর্ব্বশিং অমদি অপ্সরা ময়াম্না পূজা অমদি স্তুতিগান তৌদুনা অকোয়বদা লৈরমই, মতম অসিদা পৃথিবীসু লাক্তুনা ব্রহ্মাদা খুরম্না য়াওখি ॥৪১॥ মহারাজ ! অসিগী মতুংদা চংজরকলবী পৃথিবীনা মাযকৈ ঙাকপা লাই খিবিক্কী মমাংদা ব্রহ্মাগী মফমদা হায়জখি ॥৪২॥ মহারাজ ! খৱাইদগী শক্তি চাউরবা অৱাংবা থাক্তা কমলিবা ব্রহ্মানা পৃথিবীনা হায়জরগদৌরিবা বিষয়-পুমনমক হান্না খংজেমই ॥৪৩॥ মরমদি ব্রহ্মা হায়বসি সৃষ্টিকর্ত্তানি, পুম্নমক্কী অসেম্বা মপুনি ; অহনদি মহাক্না দেবদানব অমদি ওইবগী পুকনিংগী ৱাবু কক্লিনী খংলোই ॥৪৪॥

মহারাজ ! ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর অমদি প্রজাপতি মন্নি অসিগী মশক ওইরবা শক্তি পুম্নমক্না ভিন্নবা জগৎকী মপু স্বয়ম্ভুনা পৃথিবীদা হায়খি ॥ ৪৫ ॥ ব্রহ্মানা হায়খি— পৃথিবী ! নংনা

বৈশম্পায়ন উবাচ ।

ইত্যুক্তা স মহীং দেবো ব্রহ্মা রাজন্ বিসৃজ্য চ । আদিদেশ তদা সর্বান্ বিবুধান্ ভূতকৃৎ স্বয়ম্ ॥৪৭॥

অস্যা ভূমের্নিরসিতুং ভারং ভাগৈঃ পৃথক্ পৃথক্ । অস্যামেব প্রসূয়ধ্বং বিরোধায়েতি চাব্রবীৎ ॥৪৮॥

তথৈব চ সমানীয় গন্ধর্বাপ্সরসাং গণান্ । উবাচ ভগবান্ সর্বানিদং বচনমর্থবিৎ ॥৪৯॥

ব্রহ্মোবাচ ।

স্বৈঃ স্বৈরংশৈঃ প্রসূয়ধ্বং যথেষ্টং মানুষেষু চ । অথ শক্রাদয়ঃ সর্বে শ্রুত্বা সুরগুরোর্বচঃ ।

তথ্যমর্থ্যঞ্চ পথ্যঞ্চ তস্য তে জগৃহুস্তদা ॥৫০॥

অথ তে সর্বশোঽংশৈঃ স্বৈর্গন্তুং ভূমিং কৃতক্ষণাঃ । নারায়ণমমিত্রঘ্নং বৈকুণ্ঠমুপচক্রমুঃ ॥৫১॥

যঃ স চক্রগদাপাণিঃ পীতবাসাঃ শিতিপ্রভঃ । পদ্মনাভঃ সুরারিঘ্নঃ পৃথুচার্বঞ্চিতেক্ষণঃ ॥৫২॥

প্রজাপতিপতির্দেবঃ সুরনাথো মহাবলঃ । শ্রীবৎসাঙ্কো হৃষীকেশঃ সর্বদৈবতপূজিতঃ ॥৫৩॥

তং ভুবঃ শোধনায়েন্দ্র উবাচ পুরুষোত্তমম্ । অংশেনাবতরেত্যেবং তথেত্যাহ চ তং হরিঃ ॥৫৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

আদিবংশাবতারণে অংশাবতরণং নামোনষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

——০:*:০——

ঐগী ইফমদা লাবলিবদো ঐ থংই, অদুনা ঐনা থবক অদুগী দমক লাইশিংগী মফমদা থৌদা-পিরগনি ॥ ৪৬ ॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি — সৃষ্টিকর্ত্তাব্রহ্মানা ৱা হায়রগা পৃথিবীদা বিদায় পিশি অদুগা দেবতাশিংদা-য়াথং পিখি ॥ ৪৭ ॥ দেবতা পুম্নমক। পৃথিবীগী অৱাবসি কোক্লবা অসুরশিংগা নখোয়গা লাল শোক্লবা তারে, মরম অদুনা নখোয়না তোঙাল তোঙালবা অংশ পুদুনা পৃথিবীদা নখোয় পোকল্লুরো ॥ ৪৮ ॥ মফম মতম চানা থবককী শিল্লম থংলবা ব্রহ্মানা ৱা অসি হায়খি— নখোয় পুম্নমকসু ননিং নখা তন্না নংগী নংগী অংশ পুদুনা মী ওইবগী গর্ভদা চংদুনা পোকল্লুবো। অসিগী মতুংদা ইন্দ্রনা চিংবা লাইয়াম খিবিক্লা অচুম্বা অমদি কানবা ব্রহ্মাগী ৱা অদু তানদা হায়রিবদু লোয়না য়ানরে ॥ ৪৯-৫০ ॥ অদুগী মতুংদা দেবতা পুম্নমকনা মাগী মাগী অংশনা পৃথিবীদা কুমথরগে হায়দুনা যাত্রাগী উৎসব তৌরগা য়েক্লবা হাৎলবা বৈকুণ্ঠবাসী নারায়নগী মফমদা লাকখি ॥৫১॥ (হায়রিবা বৈকুণ্ঠবাসি ওইবা নারায়ণ অসিমক্তি চক্র, গদা, পাইরিবা, সনা ফিগে থোক্লিবা, শংবাম্নরবা কুচু ওইরবা, খোয়দৌদা থম্বাল লৈকানা নিংথিজরিবা, যেক্লা পুম্নমকপু হাৎনবগী মশক ওইরবা, শক্তি পুমনমক তিল্লবা মশক অমনি; পাক চাওরবা নয়ণ অনিনা মাগী ওইরিবনি, নিংথিজবা মথেক অহুম থেকপা শাবাম্নি; মহাক অসিতনা প্রজাপতিশিংগী মপুম্নি, দেবতা পুম্নমককী নিংথৌরেম্নি, মত্তিক মগুণ চাওরবনি, থম্বাইগী ৱাকৎ ফমনি ; মহাক্কী নিংথিজরবা থবাক্তা শ্রীবৎসগী খুদমনা লৈতেংলিবনি, অদুগা মহাক অসিতনা মায়াবু নমহৎলিবা দেবতাশিংগী পুজা তৌনবগী মশম্নি)॥৫২-৫৩॥

অসিগুম্বা নারায়ণগী মফমদা ইন্দ্রনা হায়জখি—পৃথিবীগী অৱাবা কোকনবা ঐথোয়না মর্ত্তলোক্তা তা চৎপা মতম অসিদা ইবুংঙো। নংসু অংশ অমনা অবতার তৌবিয়ু। মতম অদুদা নারায়ণনা ইন্দ্রদা অহুমক তৌরগে হায়না য়াখি ॥ ৫৪ ॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারততা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীবেদব্যাসনা লেংবা সংহিতা অকানবা পর্ব্বদা আদিবংশাবতারণদা 'অংশাবতরণ' কৌবা য়াংখৈমাপল শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

——০:০——

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব— আদিত্যাদিবংশকথনং

(তরুমথুবা অধ্যায়)

—(:০:)—

বৈশম্পায়ন উবাচ।

অথ নারায়ণেনেন্দ্রশ্চকার সহ সংবিদম্। অবতর্ত্তুং মহীং স্বর্গাদংশতঃ সহিতঃ সুরৈঃ ॥১॥

আদিশ্য চ স্বয়ং শক্রঃ সর্বানেব দিবৌকসঃ। নির্জগাম পুনস্তস্মাৎ ক্ষয়ান্নারায়ণস্য হ ॥২॥

তেঽমরারিবিনাশায় সর্বলোকহিতায় চ। অবতেরুঃ ক্রমেণৈব মহীং স্বর্গাদ্দিবৌকসঃ ॥৩॥

ততো ব্রহ্মর্ষিবংশেষু পার্থিবর্ষিকুলেষু চ। জজ্ঞিরে রাজশার্দ্দূল! যথাকামং দিবৌকসঃ ॥৪॥

দানবান্ রাক্ষসাংশ্চৈব গন্ধর্বান্ পন্নগাংস্তথা। পুরুষাদানি চান্যানি জঘ্নুঃ সত্ত্বান্যনেকশঃ ॥৫॥

দানবা রাক্ষসাশ্চৈব গন্ধর্বাঃ পন্নগাস্তথা। ন তান্ বলস্থান্ বাল্যেঽপি জঘ্নুর্ভরতসত্তম! ॥৬॥

জনমেজয় উবাচ।

দেবদানবসঙ্ঘানাং গন্ধর্বাপ্সরসাং তথা। মানবানাঞ্চ সর্বেষাং তথা বৈ যক্ষরক্ষসাম্ ॥৭॥

শ্রোতুমিচ্ছামি তত্ত্বেন সম্ভবং কৃৎস্নমাদিতঃ। প্রাণিনাঞ্চৈব সর্বেষাং সম্ভবং বক্তুমর্হসি ॥৮॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

হন্ত তে কথয়িষ্যামি নমস্কৃত্য স্বয়ম্ভুবে। সুরাদীনামহং সম্যক্ লোকানাং প্রভবাপ্যয়ম্ ॥৯॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়খি— অসিগী মতুংদা ইন্দ্রনা অতোপ অতোপপা দেবতাশিংগা লোইননা মাগী মাগী অংশ পুন্থনা স্বর্গদগী মর্ত্ত লোকতা অবতার তৌননবগী বিবয়দা নারায়নগা মন্নরা তৌখি ॥১॥ দেবরাজ ইন্দ্রনা দেবতা পুম্নমকপু মাগী মাগী অংশ পুন্থনা মর্ত্তলোকতা কুমথরো হায়না য়াথং পিরবা তুংদা মলায়ক নারায়নগী লৈফমদগী ইন্দ্রলোকতা হনখি ।২॥ দেবতা শিংনা অসুরশিংবু মাংননবগী থবকতা অমদি লোক পুমনমক্কী মঙ্গলগীদমকতা স্বর্গদগী মথং মথং কুমথখি ॥৩॥ মহারাজ! অসিগী মতুংদা দেবতাশিংনা মানা মানা নিংবা মতুং ইন্না ব্রহ্মর্ষি অমদি রাজর্ষি ওইনা পোকখি ॥৪॥ অদুগী তুংদা দেবতাশিংনা দৈত্য দানব, হিংচা মাইতবা, দেবতাগী বিরুদ্ধ ওইবা গন্ধর্বশিং, অচৌ অচৌবা লিল মরাম, অতোপ অতোপপা মীশা চাবা জন্তু কয়াবু নৈথা হৌখি ॥৫॥ অদুগা দেবতাশিংসি অঙাং ওইরিঙৈদা য়ামনা মপাঙ্গল কনখি হায়দুনা দানব-হিংচাবা গন্ধর্ব অমদি অচৌ অচৌবা কয়ানা মথোইবু হাংপনা ইচং থৌরা ঙমখিদে ॥৬॥ জনমেজয়না হায়খি—মহর্ষি! দেব, দানব, গন্ধর্ব, অপ্সরা, যক্ষ, হিংচাবা অমদি মী, মথোইশিং অমিনা ইহান হানবদগী মথং মথং পোকথরকপাগী য়াবি তাজনিংই। মরম অদিনা প্রাণীশিংনা মথং মথং পোক্লকপাগী য়াখি অসি তিমিন্নু ॥৭-৮॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি মহারাজ! অহানবদা

ব্রহ্মণো মানসাঃ পুত্রা বিদিতাঃ ষণ্মহর্ষয়ঃ । মরীচিরত্র্যঙ্গিরসৌ পুলস্ত্যঃ পুলহঃ ক্রতুঃ ॥১০॥

মরীচেঃ কশ্যপঃ পুত্রঃ কশ্যপাত্তু ইমাঃ প্রজাঃ । প্রজজ্ঞিরে মহাভাগা দক্ষকন্যাস্ত্রয়োদশ ॥১১॥

অদিতির্দিতির্দনুঃ কালা দনায়ুঃ সিংহিকা তথা । ক্রোধা প্রাধা চ বিশ্বা চ বিনতা কপিলা মুনিঃ ॥১২॥

কদ্রুশ্চ মনুজব্যাঘ্র ! দক্ষকন্যৈব ভারত ! । এতাষাং বীর্য্যসম্পন্নং পুত্রপৌত্রমনন্তকম্ ॥১৩॥

অদিত্যাং দ্বাদশাদিত্যাঃ সম্ভূতা ভুবনেশ্বরাঃ । যে রাজন্ ! নামতস্তাংস্তে কীর্ত্তয়িষ্যামি ভারত ! ॥১৪॥

ধাতা মিত্রোহর্য্যমা শক্রো বরুণস্ত্বংশ এব চ । ভগো বিবস্বান্ পূষা চ সবিতা দশমস্তথা ॥১৫॥

একাদশস্তথা ত্বষ্টা দ্বাদশো বিষ্ণুরুচ্যতে । জঘন্যজস্তু সর্ব্বেষামাদিত্যানাং গুণাধিকঃ ॥১৬॥

এক এব দিতেঃ পুত্রো হিরণ্যকশিপুঃ স্মৃতঃ । নাম্না খ্যাতাস্তু তস্যেমে পঞ্চ পুত্রা মহাত্মনঃ ॥১৭॥

প্রহ্লাদঃ পূর্ব্বজস্তেষাং সংহ্লাদস্তদনন্তরম্ । অনুহ্লাদস্তৃতীয়োহভূত্তস্মাচ্চ শিবিবাস্কলৌ ॥১৮॥

প্রহ্লাদস্য ত্রয়ঃ পুত্রাঃ খ্যাতাঃ সর্ব্বত্র ভারত ! । বিরোচনশ্চ কুম্ভশ্চ নিকুম্ভশ্চেতি ভারত ! ॥১৯॥

বিরোচনস্য পুত্রোহভূদ্বলিরেকঃ প্রতাপবান্ । বলেশ্চ প্রথিতঃ পুত্রো বাণো নাম মহাসুরঃ ॥২০॥

রুদ্রস্যানুচরঃ শ্রীমান্ মহাকালেতি যং বিদুঃ । চত্বারিংশদ্দনোঃ পুত্রাঃ খ্যাতাঃ সর্ব্বত্র ভারত ! ॥২১॥

তেষাং প্রথমজো রাজা বিপ্রচিত্তির্মহাযশাঃ । শম্বরো নমুচিশ্চৈব পুলোমা চেতি বিশ্রুতঃ ॥২২॥

---

ব্রহ্মাবু থুরমজরগা দেবতা পুমনমক্কী অমদি থৱাই পানবা পুমনমক্কী পোকপা শিখিবগী বিষয়দা তশেংনা তশেংনা লীরগে ॥৯॥ ব্রহ্মাগী মহর্ষি ওইবা পুক্রিংদগী পোকখিবা মচা তরুক্কনি, মখোইগী মমিংদি মরীচি, অত্রি, অঙ্গিরা, পুলস্ত্য, পুলহ, অমদি ক্রতু কৌই ॥১০॥ মরিচিগী মচানা কশ্যপনি ; হায়রিবা কশ্যপ অসিদগী অরাপ্পা মীয়োম মথং মথং পোকনখি । ব্রহ্মাগী খুবীদগী দক্ষ পোকখি ; হায়রিবা দক্ষ অসিদগী মচা নুপী তরাহুমদোই পোকখি ॥ ১১ ॥ মখোয়গী মমিংদি—অদিতি, দিতি, দনু, কালা, সিংহিকা, ক্রোধা, প্রাধা, বিশ্বা, বিনতা, কপিলা, মুনি অমদি কদ্রু অসিনি । মখোয় অসিনা অমুক মশিং লাকপা [illegible] মচা মশু পোকখি ॥১২—১৩॥ মহারাজ ! অদিতিগী গর্ভদা মতিক মঙাল চাউরবা আদিত্য তরানিথোই পোকখি, মখোয়গী মমিংশু হায়রগে । ধাতা, মিত্র, অর্য্যমা শক্র, বরুণ, অংশ ভগ, বিবস্বান, পূষা, অমুসা তরাশুবনা সবিতা কৌই ॥১৪-১৫॥ তরামাথোইশুবনা ত্বষ্টা তরানিথোই শুবনা বিষ্ণু । হায়রিবা থৱাইদগী তোনবা বিষ্ণু হায়বা অসিনা আদিত্য তরানিথোইগী মনুংদা মানা থৱাইদগী মতিক মঙাল চাউই ॥১৬॥ দিতিগী হিরণ্যকশিপু কৌবা মচা অমা পোকই । মহাত্মা ওইবা হিরণ্যকশিপুগী মচা মঙা পোকখি ॥১৭॥ মখোয়গী মনুংদা প্রহ্লাদনা, খুদিংগী অহানবি, অনিশুবনা সংহ্লাদ, অহুমশুবনা অনুহ্লাদ, মরিশুবনা শিবি অমসুং মঙাশুবনা [illegible] বাস্কল মখোয়নি ॥১৮॥ প্রহ্লাদগী বিরোচন, কুম্ভ, অমসুং নিকুম্ভ কৌবা মচানুপা অহুম পোকখি ॥১৯॥ বিরোচনগী মচানা বলি হায়রিবা [illegible] অসিমতনি; মহাক বলি [illegible] মতিক মঙাল চাউবা দৈত্য নিংথৌনি ; মহাক্কী মচানা বাণ কৌই, মহাক অসি মহাসুর হায়রবা [illegible] বাণ হায়বা নিংথৌ অসি মহাদেবগী মথোইবা [illegible] ঐশ্বর্য্যসা লোয়নবা পানমই মহাক্কী [illegible] মহাকাল হায়না [illegible] ; মহারাজ ! দনুগী মচা নিপু পোকখি ॥২১॥ মখোয়গী [illegible] বিপ্রচিত্তি কৌই, মহাক অসি [illegible] নিংথৌ অমনি । মহাক নত্তবা মনুগী মচা

অসিলোমা চ কেশী চ দুর্জয়শ্চৈব দানবঃ। অয়ঃশিরা অশ্বশিরা অশ্বশঙ্কুশ্চ বীর্য্যবান্॥২৩॥
তথা গগনমূর্দ্ধা চ বেগবান্ কেতুমাংশ্চলঃ। স্বর্ভানুরশ্বোঽশ্বপতির্বৃষপর্বাঽজকস্তথা॥২৪॥
অশ্বগ্রীবশ্চ সূক্ষ্মশ্চ তুহুণ্ডশ্চ মহাবলঃ। একপাদেকচক্রশ্চ বিরূপাক্ষহরাহরাঃ॥২৫॥
নিচন্দ্রশ্চ নিকুম্ভশ্চ কুপটঃ কপটস্তথা। শরভঃ শলভশ্চৈব সূর্য্যাচন্দ্রমসৌ তথা।
এতে খ্যাতা দনোর্বংশে দানবাঃ পরিকীর্ত্তিতাঃ॥২৬॥
অন্যৌ তু খলু দেবানাং সূর্য্যাচন্দ্রমসৌ স্মৃতৌ। অন্যৌ দানবমুখ্যানাং সূর্য্যাচন্দ্রমসৌ তথা॥২৭॥
ইমে চ বংশাঃ প্রথিতাঃ সত্ত্ববন্তো মহাবলাঃ। দনুপুত্রা মহারাজ! দশ দানববংশজাঃ॥২৮॥
একাক্ষোঽমৃতপো বীরঃ প্রলম্ব-নরকাবপি। বাতাপিঃ শত্রুতপনঃ শঠশ্চৈব মহাসুরঃ॥২৯॥
গবিষ্ঠশ্চ বনায়ুশ্চ দীর্ঘজিহ্বশ্চ দানবঃ। অসংখ্যেয়াঃ স্মৃতাস্তেষাং পুত্রাঃ পৌত্রাশ্চ ভারত!॥৩০॥
সিংহিকা সুষুবে পুত্রং রাহুং চন্দ্রার্কমর্দ্দনম্। সুচন্দ্রং চন্দ্রহন্তারং তথা চন্দ্রপ্রমর্দ্দনম্॥৩১॥
ক্রূরস্বভাবং ক্রূরায়াঃ পুত্রপৌত্রমনন্তকম্। গণঃ ক্রোধবশো নাম ক্রূরকর্ম্মারিমর্দ্দনঃ॥৩২॥
দনায়ুষঃ পুনঃ পুত্রাশ্চত্বারোঽসুরপুঙ্গবাঃ। বিক্ষরো বলবীরৌ চ বৃত্রশ্চৈব মহাসুরঃ॥৩৩॥
কালায়াঃ প্রথিতাঃ পুত্রাঃ কালকল্পাঃ প্রহারিণঃ। প্রবিখ্যাতা মহাবীর্য্যা দানবেষু পরন্তপাঃ॥৩৪॥
বিনাশনশ্চ ক্রোধশ্চ ক্রোধহন্তা তথৈব চ। ক্রোধশত্রুস্তথৈবান্যে কালকেয়া ইতি শ্রুতাঃ॥৩৫॥

---

অতৈগী মমিংদি মহাযশ, শম্বর, নমুচি, পুলোমা, অসিলোমা, কেশী, দুর্জয়, দানব, অয়ঃশির, অশ্বশির, অশ্বশঙ্কু, বীর্য্যবান, গগনমূর্দ্ধা, বেগবান কেতুমান, চল, স্বর্ভানু, অশ্ব, অশ্বপতি, বৃষপর্ব্বা অজক, অশ্বগ্রীব, সূক্ষ্ম, তুহুণ্ড,মহাবল, একপাৎ একচক্র, বিরূপ, অক্ষ, হর, আহর, নিচন্দ্র, নিকুম্ভ কুপট, কপট, শরভ, শলভ সূর্য্য অমদি চন্দ্রমা অসিনি॥২২—২৬॥ দেবতাশিং অসিগী মনুংদা য়াওরিবা সূর্য্য চন্দ্রমা অনি অসি দানবশিংগী মনুংদা শিংথানখ্রিবা সূর্য্য চন্দ্রমা অনিদগী তোংডানবনি॥২৭॥ অম্মম ওইবা বিপ্রচিত্তি কৌবা অসিগী বংশনা পৃথিবীদা ফাউখি। মখোয় অসি নত্তবা দনুগী মচা তরাদি য়াম্না নোম্বা কল্লি অমদি মপাঙ্গল কল্লি, দানব বংশ হায়রিবসি মখোয়দগী পোকখিবনি। মখোয়গী মমিংশি একাক্ষ, অমৃতপ, প্রলম্ব, নরক, বাতাপি, শত্রু তপন, শঠ, বিষ্ঠ, বনায়ু অমদি দীর্ঘজিহ্ব অসিনি। মখোয়শিং অসিগী অমুক মশিং লাকডমদ্রবা মচা মশুশিং কয়া লৈখি॥২৮—৩০॥ দক্ষগী মচা নুপী সিংহিকাগী মচা নিপা মরি পোকখি। মখোয়গী মনুংদা খল্লাইগী অহনবা সূর্য্য চন্দ্রমা অনিবু নরক মরক্তা ওৎলিবা রাহু হায়বা অসিনি, অনিশুবনা সুচন্দ্র, অহুমশুবনা চন্দ্রহন্তা অমুগা মরিশুবনা চন্দ্রপ্রমর্দ্দন কৌই॥৩১॥ দক্ষগী মচানুপী ক্রোধাগী মচা মশু য়াম্না পোকখি; মখোয়গী মনুংদা অখোইবা মচা মরিগী মমিংদি গণ, ক্রোধবশ, ক্রূরকর্ম্মা অমদি অরিমর্দ্দিন মখোয় অসিনি॥৩২॥
দক্ষগী মচানুপী দনায়ুগী মচা মরি পোকখি। মখোয় অহদি—বিক্ষর, বল, বীর, বৃত্র, অসিনি॥৩৩॥ দক্ষগী মচা নুপী কালাগী মচাশিংদি অসুরশিংগী মরুংদা য়াম্না মপাঙ্গল কল্লি, মখোয়া শাংথবাসি, য়েকনবা পুম্নমক ভুখা শত্রুহন্তা অমুম হায়না কাওখি॥৩৪॥ কালাগী মচাশিংগী মধ্যে কালকেয়

অসুরাণামুপাধ্যায়ঃ শুক্রস্ত্বৃষিসুতোঽভবৎ। খ্যাতাশ্চোশনসঃ পুত্রাশ্চত্বারোঽসুরযাজকাঃ ॥৩৬॥
ত্বষ্টাধরস্তথাত্রিশ্চ দ্বাবন্যৌ রৌদ্রকর্ম্মিণৌ। তেজসা সূর্য্যসঙ্কাশা ব্রহ্মলোকপরায়ণাঃ ॥ ৩৭ ॥
ইত্যেষ বংশপ্রভবঃ কথিতস্তে তরস্বিনাম্। অসুরাণাঞ্চ সুরাণাঞ্চ পুরাণে সংশ্রুতো ময়া ॥৩৮॥
এতেষাং যদপত্যং তু ন শক্যং তদশেষতঃ। প্রসংখ্যাতুং মহীপাল! গুণভূতমনন্তকম্ ॥৩৯॥
তার্ক্ষ্যশ্চারিষ্টনেমিশ্চ তথৈব গরুড়ারুণৌ। আরুণির্বারুণিশ্চৈব বৈনতেয়াঃ প্রকীর্ত্তিতাঃ ॥৪০॥
শেষোঽনন্তো বাসুকিশ্চ তক্ষকশ্চ ভুজঙ্গমঃ। কূর্ম্মশ্চ কুলিকশ্চৈব কাদ্রবেয়াঃ প্রকীর্ত্তিতাঃ ॥৪১॥
ভীমসেনোগ্রসেনৌ চ সুপর্ণো বরুণস্তথা। গোপতির্ধৃতরাষ্ট্রশ্চ সূর্য্যবর্চ্চাশ্চ সপ্তমঃ ॥৪২॥
সুনেত্রঃ পত্রবানর্কস্তথা কাশীপতিশ্চ যঃ। সত্যবাগর্কপর্ণশ্চ প্রযুতশ্চাপি বিশ্রুতঃ ॥৪৩॥
ভীমশ্চিত্ররথশ্চৈব বিখ্যাতঃ সর্ববিদ্বশী। তথা শালিশিরা রাজন্! পর্জ্জন্যশ্চ চতুর্দ্দশঃ ॥৪৪॥
কলিঃ পঞ্চদশস্তেষাং নারদশ্চৈব ষোড়শঃ। ইত্যেতে দেবগন্ধর্বা মৌনেয়াঃ পরিকীর্ত্তিতাঃ ॥৪৫॥
অথ প্রভূতান্যন্যানি কীর্ত্তয়িষ্যামি ভারত। অনবদ্যাং মনুং বংশামসুরাং মার্গণপ্রিয়াম্ ॥৪৬॥
অনূপাং সুভগাং ভাসীমিতি প্রাধা ব্যজায়ত। সিদ্ধঃ পূর্ণশ্চ বর্হিশ্চ পূর্ণায়ুশ্চ মহাযশাঃ ॥৪৭॥

---

অসুম হায়না ফাওখিব্রা অসিনি। মখোয়গী মমুংদা বিনাশন, ক্রোধ, ক্রোধহন্তা অমদি ক্রোধশত্রু মখোয় মরি অসিনা অথোইবনি ॥৩৫॥ ভৃগুগী মচা নিপা শুক্রনা অসুর পুমমক অসিগী বিদ্যা গুরুনি, মাগী মচা মরিনা অসুরশিংগী পুরোহিত ওইখি ॥৩৬॥ মখোয়গী মমিংদি ত্বষ্টাধর, অত্রি, রৌদ্র অমদি কর্ম্মী অসিনি। মখোয় পুমনমক অসি সূর্য্যগা চপ মান্নবা তেজ লৈখি। বেদ অমদি নীতি শাস্ত্রদা পুক্রিং চংখি ॥৩৭॥ ঐনা পুরাণদগী হেক তাজখিবদু ইকায় কায়দনা নংগী মথমথা কন থৌরবা সুর অসুরশিংগী বংশাবলী অমদি হৌরকফম লীজরবসিনি ॥৩৮॥

মহারাজ! মখোয়গী মচা মগুশিং অহু অতুক য়াম্না অথোইবা মক ওইবা নত্তে, অদুগা মশিংসু লাকভমদবনি, অদুনা মখোয়গী মশিং মমিং লোইনা চপচানা হাযবা ওইথোকতবনি ॥৩৯॥ দক্ষগী মচানুপী বিনতাগী মচাশিংদি তার্ক্ষ্য, অরিষ্টনেমি, গরুড়, অরুণ, আরুণি অমদি বারুণি মখোয় অসিনি ॥৪০॥ দক্ষগী মচা নুপী কদ্রু হায়রবী অমগীনা শেষ, অনন্ত, বাসুকি, তক্ষক, কূর্ম্ম অমদি কুলিক মখোয় অসিনি ॥ ৪১ ॥ দক্ষগী মচা মুনিশিংগী মমিংদি ভীমসেন, উগ্রসেন, সুপর্ন, বরুণ, গোপতি, ধৃতরাষ্ট্র, সূর্য্যবর্চ্চ, মিত্রা ফজরবা অমদি বাহন য়াম্না লোইবা অর্ক, কাশীপতি, সত্যবাদী অমদি যোগী ওইরবা অর্কপর্ণ, ভীম, জ্ঞানী ওইরবা অমদি ইন্দ্র খুদম চনবা চিত্ররথ, শালিশির, পর্জন্য কলি অমদি নারদ মখোয় অসিনি। মখোয়সিগী মনুংদা বরুণ, পর্জন্য, কলি, অমদি নারদ মখোয় মরি অসিনা দেবতানি অদুগা অতৈ অতোপ্পাশিং অসিনা গন্ধর্ব মতুংনি ॥ ৪২-৪৫ ॥ মহারাজ! দক্ষগী মচা নুপীশিংগী মচাশিংগী মমিং অমুক হায়রগে। দক্ষগী মচা নুপী প্রাধা হায়বীদুগী মচা নুপী নিপাল পোকখি— অনবদ্যা, মনু, বংশা, অসুরা, মার্গণপ্রিয়া, অনুপা, সুভগা অমদি ভাসী মখোয় অসিনি। প্রাধা হায়বীগী মচা নিপানা অদুনি—সিদ্ধ, পূর্ণ, বর্হি মখোয় অহুমনিদি দেবতা-

ব্রহ্মচারী রতিগুণঃ সুপর্ণশ্চৈব সপ্তমঃ। বিশ্বাবসুশ্চ ভানুশ্চ সুচন্দ্রো দশমস্তথা ॥৪৮॥

ইত্যেতে দেবগন্ধর্বাঃ প্রাধেয়াঃ পরিকীর্ত্তিতাঃ। ইমং ত্বপ্সরসাং বংশং বিদিতং পুণ্যলক্ষণম্ ॥৪৯॥

প্রাধাঽসূত মহাভাগা দেবী দেবর্ষিতঃ পুরা। অলম্বুষা মিশ্রকেশী বিদ্যুৎপর্ণা তিলোত্তমা ॥৫০॥

অরুণা রক্ষিতা চৈব রম্ভা তদ্বন্মনোরমা। কেশিনী চ সুবাহুশ্চ সুরতা সুরজা তথা ॥৫১॥

সুপ্রিয়া চাতিবাহুশ্চ বিখ্যাতৌ চ হাহা হুহুঃ। তুম্বুরুশ্চেতি চত্বারঃ স্মৃতা গন্ধর্বসত্তমাঃ ॥৫২॥

অমৃতং ব্রাহ্মণা গাবো গন্ধর্বাপ্সরসস্তথা। অপত্যং কপিলায়াস্তু পুরাণে পরিকীর্ত্তিতম্ ॥৫৩॥

ইতি তে সর্বভূতানাং সম্ভবঃ কথিতো ময়া। যথাবৎ পরিসংখ্যাতো গন্ধর্বাপ্সরসাং তথা ॥৫৪॥

ভুজঙ্গানাং সুপর্ণানাং রুদ্রাণাং মরুতাং তথা। গবাঞ্চ ব্রাহ্মণানাঞ্চ শ্রীমতাং পুণ্যকর্ম্মণাম্ ॥৫৫॥

আয়ুষ্যশ্চৈব পুণ্যশ্চ ধন্যঃ শ্রুতিসুখাবহঃ। শ্রোতব্যশ্চৈব সততং শ্রাব্যশ্চৈবানসূয়তা ॥৫৬॥

ইমন্তু বংশং নিয়মেন যঃ পঠেন্মহাত্মনাং ব্রাহ্মণদেবসন্নিধৌ।

অপত্যলাভং লভতে স পুষ্কলং শ্রিয়ং যশঃ প্রেত্য চ শোভনাং গতিম্ ॥৫৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

সম্ভবে আদিত্যাদিবংশকথনং নাম ষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

——:(*):——

মক্কনি), পূর্ণায়ুঃ ব্রাহ্মচারী, রতিগুণ, সুপর্ণ, বশ্বাবসু, ভানু অমদি সুচন্দ্র (মখোয় অসিনা গন্ধর্বব মক্কনি)। অদুগা মরাইবক ফরবী. প্রাধা হায়বীসিগী অমুক দেবর্ষি কশ্যপগী ঔরসদগী অপ্সরাশিং অসি পোকখি মতুদি—অলম্বুষা. মিশ্রকেশী বিদ্যুৎপর্ণা, তিলোত্তমা, অরুণা, রাক্ষিতা, রম্ভা, মনোরমা, (কশিনী. সুবাহু, সুরতা, সুরজা অমদি সুপ্রিয়া মখোয়সিনি) অহুগা অতিবাহু, হাহা, হু হু অমদি তুম্বরু হায়রিবা গন্ধর্ব্ব মরি অসিসু প্রাধা হাযবাসিগী মচানি ॥৪৮-৫২॥

অমৃত, ব্রাহ্মণ গরু, গন্ধর্ব্ব ময়াম, অদুগা অপ্সরা ময়াম মখোয় অসিনা দক্ষাগী মচা সুপী কপিলাগী মচা মক্কনি। মাসি পুরানমক পুবাণদা ইবি ॥৫৩॥ মহারাজ! ঐনা মহারাজগী মকমদা থোৱায় পানবা পুম্নমককী হৌরকফম লীজরবনি। অদুগা গন্ধর্ব্ব অমদি অপ্সরাশিংগী হৌরকফম, মমিং মথা লোইনা লীজরবনি ॥৫৪॥ লিল, উচেক, সুংশিং, সুংশা যণ ইরোই অমদি ব্রাহ্মণশিংগী মপোক্কী ৱারী অসিনা. আয়ু, ধর্ম্ম অমদি তাবদা থম্মোইদা নুংঙাইবা পী। থাগৎনিংঙাইনি অমদি তাগদবমক্কি। মরম অদুনা কল্লক য়েংথি য়াওদবা পুকচেল শেংবা মীশিংনা মতম লৈবা খিবিক্কা তাগদবনি অমদি মীবুস্থ তাহনগদবনি ॥৫৫—৫৬॥ অদুগুম্বা মীশিংদুনা মহাত্মাশিং অসিগী মপোক্কী ৱারী অসিসু ব্রাহ্মণ অমদি দেবতাগী মাংদা পাঠ তৌরবা মখোয় অদু মচা মশু মরাং কায়না মঙ্গল-মথুম য়ামনা অমদি শিংচৎ চাওবা ফংগি; অদুগা পরলোকতা অথোইবা থুবম ফংবা ঙম্মি ॥৫৭॥

মসাং অসিদা শ্রীমহাভারততা শ্লোক লিশিং চামনা. শ্রীব্যাস দেবনা লেংবা সংহিতাদা আদি-পর্ব্বদা 'আদিত্যাদিবংশ কথন' কৌবা হুম্ফুগুমা অধ্যায় লোইরে ॥

——:o:——

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব— সম্ভবে প্রাণ্যাদ্যংপত্তির্নাম

(ছমযুমাথোই শুবা অধ্যায়)

—(*)—

বৈশম্পায়ন উবাচ।

ব্রহ্মণো মানসাঃ পুত্রা বিদিতাঃ ষণ্মহর্ষয়ঃ। একাদশ সুতঃ স্থাণোঃ খ্যাতাঃ পরমতেজসঃ ॥১॥

মৃগব্যাধশ্চ সর্পশ্চ নির্ঋতিশ্চ মহাযশাঃ। অজৈকপাদহির্ব্রধ্নঃ পিনাকী চ পরন্তপঃ ॥২॥

দহনোঽথেশ্বরশ্চৈব কপালী চ মহাদ্যুতিঃ। স্থাণুর্ভগশ্চ ভগবান্ রুদ্রা একাদশ স্মৃতাঃ ॥৩॥

মরীচিরঙ্গিরা অত্রিঃ পুলস্ত্যঃ পুলহঃ ক্রতুঃ। ষড়েতে ব্রহ্মণঃ পুত্রা বীর্যবন্তো মহর্ষয়ঃ ॥৪॥

ত্রয়স্ত্বঙ্গিরসঃ পুত্রা লোকে সর্বত্র বিশ্রুতাঃ। বৃহস্পতিরুতথ্যশ্চ সংবর্তশ্চ ধৃতব্রতাঃ ॥৫॥

অত্রেস্তু বহবঃ পুত্রাঃ শ্রূয়ন্তে মনুজাধিপ। সর্বে বেদবিদঃ সিদ্ধাঃ শান্তাত্মানো মহর্ষয়ঃ ॥৬॥

রাক্ষসাশ্চ পুলস্ত্যস্য বানরাঃ কিন্নরাস্তথা। যক্ষাশ্চ মনুজব্যাঘ্র! পুত্রাস্তস্য চ ধীমতঃ ॥৭॥

পুলহস্য সুতা রাজন্! শরভাশ্চ প্রকীর্তিতাঃ। সিংহাঃ কিম্পুরুষা ব্যাঘ্রা ঋক্ষা ঈহামৃগাস্তথা ॥৮॥

ক্রতোঃ ক্রতুসমাঃ পুত্রাঃ পতঙ্গসহচারিণঃ। বিশ্রুতাস্ত্রিষু লোকেষু সত্যব্রতপরায়ণাঃ ॥৯॥

দক্ষস্ত্বজায়তাঙ্গুষ্ঠাদ্দক্ষিণাদ্ভগবানৃষিঃ। ব্রহ্মণঃ পৃথিবীপাল! শান্তাত্মা সুমহাতপাঃ ॥১০॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়খি— ব্রাহ্মাগী মপুকনিংদগী পোকপা মচা তরুক্কি; মখোয়পুম্বা জগৎ ফাওরবা মহর্ষি মক্কনি। অদুগা ব্রাহ্মা মহাকমক্কী মচা রুদ্র তরামাথোই লৈরি। মখোয়গী মমিংদি— মৃগব্যাধ, সর্প, নির্ঋতি, অজৈকপাৎ, অহির্ব্রধ্ন, পিনাকী দহন, ঈশ্বর, কপালী, স্থাণু অমদি ভগ অসিনি ॥ ১—৩ ॥ ব্রাহ্মাগী মপুক্কিংদগী পোকপা মচা তরুক অদুদি— মরীচি, অত্রি, অঙ্গিরা, পুলস্ত্য, পলহ, অমদি ক্রতু মখোয় অসিনি। মখোয় অসি মহাজ্ঞানী মহর্ষি মক্কনি ॥৪॥ অঙ্গিরাগী মচা অহুমনি; বৃহস্পতি, উতথ্য অমদি সংবর্ত্ত; মখোয় অসি জগৎ ফাওরবা তপস্বী মক্কনি ॥৫॥ মহারাজ: অঙ্গিরগী মচাশিং অতৈগী য়াম্না য়াম্না তবা ফংই; মখোয়শিং অপুম্বু বেদ খংলবা, অণিমানচিংবা সিদ্ধি নিপাল খংলবা অমদি শমনচিংবা গুণ পুমনমকনা তিম্নবা মক্কনি ॥ ৬ ॥ মহারাজ! যক্ষ, যক্ষ বানর অমুগা কিন্নর কয়াম্বু পুলস্ত্য হায়রিবসিগী মচামক্কনি ॥৭॥ খেব, সোংলা, কৈ, শরভ, ঈহামৃগ কৌবা কৈগী জাৎ অমদি কিন্নর কয়া মরমনা পুলহগী মচামক্কনি ॥ ৮ ॥ যজ্ঞগী মতৌগুম শেংলবা, সূর্য্যগী মতৌগুম তেজ লৈরবা, সত্যবাদী ওইরবা, তপস্যা করবা, অমদি মরোল অহুম ফাওরবা বালখিল্য কৌবা মুনিশিং অদুনা ক্রতু হায়রিবসিগী মচা মক্কনি ॥ ৯ ॥ মহারাজ! শম গুণ লেমবা, মহাতপস্বী দক্ষ হায়রিবসিনা ব্রহ্মাগী য়েৎথংবা

বামাদজায়তাঙ্গুষ্ঠাদ্ভার্য্যা তস্য মহাত্মনঃ। তস্যাং পঞ্চাশতং কন্যাঃ স এবাজনয়ন্মুনিঃ ॥১১॥

তাঃ সর্ব্বাস্ত্বনবদ্যাঙ্গ্যঃ কন্যাঃ কমললোচনাঃ। পুত্রিকাঃ স্থাপয়ামাস নষ্টপুত্রঃ প্রজাপতিঃ ॥১২॥

দদৌ স দশ ধর্ম্মায় সপ্তবিংশতিমিন্দবে। দিব্যেন বিধিনা রাজন্! কশ্যপায় ত্রয়োদশ ॥১৩॥

নামতো ধর্ম্মপত্ন্যস্তাঃ কীর্ত্ত্যমানা নিবোধ মে। কীর্ত্তির্লক্ষ্মীর্ধৃতির্মেধা পুষ্টিঃ শ্রদ্ধা ক্রিয়া তথা ॥১৪॥

বুদ্ধির্লজ্জা মতিশ্চৈব পত্ন্যো ধর্ম্মস্য তা দশ। দ্বারাণ্যেতানি ধর্ম্মস্য বিহিতানি স্বয়ম্ভুবা ॥১৫॥

সপ্তবিংশতিঃ সোমস্য পত্ন্যো লোকেষু বিশ্রুতাঃ। কালস্য নয়নে যুক্তাঃ সোমপত্ন্যঃ শুচিব্রতাঃ ॥১৬॥

সর্ব্বা নক্ষত্রযোগিন্যো লোকযাত্রা বিধানতঃ। পৈতামহো মনুর্দেবস্তস্য পুত্রঃ প্রজাপতিঃ।

তস্যাষ্টৌ বসবঃ পুত্রাস্তেষাং বক্ষ্যামি বিস্তরম্ ॥১৭॥

ধরো ধ্রুবশ্চ সোমশ্চ অহশ্চৈবানিলোঽনলঃ। প্রত্যূষশ্চ প্রভাসশ্চ বসবোঽষ্টৌ প্রকীর্ত্তিতাঃ ॥১৮॥

ধূম্রায়াস্তু ধরঃ পুত্রো ব্রহ্মবিদ্যো ধ্রুবস্তথা। চন্দ্রমাস্তু মনস্বিন্যাঃ শ্বাসায়াঃ শ্বসনস্তথা ॥১৯॥

রতায়াশ্চাপ্যহঃ পুত্রঃ শাণ্ডিল্যাশ্চ হুতাশনঃ। প্রত্যূষশ্চ প্রভাসশ্চ প্রভাতায়াঃ সুতৌ স্মৃতৌ ॥২০॥

ধরস্য পুত্রো দ্রবিণো হুতহব্যবহস্তথা। ধ্রুবস্য পুত্রো ভগবান্ কালো লোকপ্রকালনঃ ॥২১॥

সোমস্য তু সুতো বর্চ্চা বর্চ্চস্বী যেন জায়তে। মনোহরায়াঃ শিশিরঃ প্রাণোঽথ রমণস্তথা ॥২২॥

---

খুবীদগী পোকপনি ॥ ১০ ॥ দক্ষগী ভার্য্যা প্রসূতি হায়রবীসিনঃ ব্রাহ্মাগী ওইথংবা খুবীদগী পোকখিবনি। মাগী গর্ভদা দক্ষগী মচা মুপী য়াংখৈ পোকখি ॥ ১১ ॥ মচা নিপাশিং অদুদি সংসারবু পামদবুনা মাংথোকখ্রবদা দক্ষপ্রজাপতিনা কবিগুম্বা দোষ অমত্তা যাওদনা ফজরবী, থম্বাল লৈনাগুম মিত্তা ফজবরী মচা মুপীশিং অদুবু মচা নিপাশিংমক্তি খন্দুনা থমখি ॥ ১২ ॥

মহারাজ ! দক্ষপ্রজাপতিনা মচা মুপি য়াংখৈসিগী মনুংদা তরানা ধর্ম্মদা, কুন তরেৎনা চন্দ্রমাদা অদুগা তরা হুম্‌দোইনা কশ্যপতা শাস্ত্রগী বিধি মতুং ইন্না কংখি ॥১৩॥ ধর্ম্মগী নুপিশিং অসিগী মমিং হায়জগে তাবিয়ু :— কীর্ত্তি, লক্ষ্মী, ধৃতি, মেধা, পুষ্টি, শ্রদ্ধা, ক্রিয়া, বুদ্ধি, লজ্জা অমদি মতি মখোই তরা অসিনি। ব্রহ্মানা মখোই অসিবু ধর্ম্ম ফংননবগী উপাইগী মশক ওইনা শেমখিবনি ॥১৪-১৫॥ চন্দ্রমাগী নুপী কুনতরেৎ অসিদি জগৎ ফাওরিবিনি। মখোই অসিদি মতমগী মফ ফজত্তু য়েংবা অমদি লেপমবা মতমদা য়ান্না কান্নবা ওইনা লৈরিবনি ॥১৬॥ মখোইদি লোকতা চংনবা থবক পূম্নমক পাংথোকনবগী দমকত্তা থৱানমিচাককী মতৌগুমনা লৈরিবনি। ব্রহ্মাগী মচা মনু, মনুগী মচা প্রজাপতি, প্রজাপতিগী মচা বসু নিপালনি। মখোইগী মমিং হায়জগে ॥১৭॥ (ধর, ধ্রুব, চন্দ্র, দিন বায়ু, অগ্নি, প্রত্যুষ, প্রভাস হায়রিবা বসু নিপাল অসিনি)॥১৮॥ ধূম্রাগী মচানা ধর, ব্রহ্মবিদ্যা কৌরীগী মচানা ধ্রুব, মনস্বিনী কৌবীগী মচানা চন্দ্র, শ্বাসাগী মচানা বায়ু, রতাগী মচানা দিন, শাণ্ডিলীগী মচানা অগ্নি, অমসুং প্রভাতা কৌবীগী মচানা প্রত্যুষ হায়রবসিগা প্রভাস হায়রবসিগা অনিমনি ॥১৯॥ ধরগী মচানা দ্রবিণ অমসুং হুতহব্যবহ অনিসিনি অদুগা ধ্রুবগী মচানা মতিকমগুণ চাওরবা লোক পুমনমকপু মাংহনজিনবা কাল হায়রকুনি ॥২১॥ চন্দ্রমাগী মচানদগী রোহিণিনী গর্ভদা বর্চ্চ, শিশির, প্রাণ অমসুং রমন কৌবা [illegible]

অহঃ সুতস্তথা জ্যোতিঃ শমঃ শান্তস্তথা মুনিঃ। অগ্নেঃ পুত্রঃ কুমারস্তু শ্রীমান্ শরবণালয়ঃ ॥২৩॥
তস্য শাখো বিশাখশ্চ নৈগমেয়শ্চ পৃষ্ঠজঃ। কৃত্তিকাভ্যুপপত্তেশ্চ কার্ত্তিকেয় ইতি স্মৃতঃ ॥২৪॥
অনিলস্য শিবা ভার্য্যা তস্যাঃ পুত্রো মনোজবঃ। অবিজ্ঞাতগতিশ্চৈব দ্বৌ পুত্রাবনিলস্য তু ॥২৫॥
প্রত্যুষস্য বিদুঃ পুত্রমৃষিং নাম্নাঽথ দেবলম্। দ্বৌ পুত্রৌ দেবলস্যাপি ক্ষমাবন্তৌ মনীষিণৌ ॥২৬॥
বৃহস্পতেস্তু ভগিনী বরস্ত্রী ব্রহ্মবাদিনী। যোগসক্তা জগৎ কৃৎস্নমসক্তা বিচচার হ ॥২৭॥
মরীচেঃ কশ্যপঃ পুত্রঃ কশ্যপাৎ সুরাসুরাঃ। প্রভাসস্য তু ভার্য্যা সা বসূনামষ্টমস্য হ।
বিশ্বকর্ম্মা মহাভাগো জজ্ঞে শিল্পপ্রজাপতিঃ ॥২৮॥
কর্ত্তা শিল্পসহস্রাণাং ত্রিদশানাঞ্চ বর্দ্ধকিঃ। ভূষণানাঞ্চ সর্ব্বেষাং কর্ত্তা শিল্পবতাং বরঃ ॥২৯॥
যো দিব্যানি বিমানানি ত্রিদশানাং চকার হ। মনুষ্যাশ্চোপজীবন্তি যস্য শিল্পং মহাত্মনঃ।
পূজয়ন্তি চ যং নিত্যং বিশ্বকর্ম্মাণমব্যয়ম্ ॥৩০॥
স্তনন্তু দক্ষিণং ভিত্ত্বা ব্রহ্মণো নরবিগ্রহঃ। নিঃসৃতো ভগবান্ ধর্ম্মঃ সর্ব্বলোকসুখাবহঃ ॥৩১॥

---

বীর্য্য ফংনদুনা তেজস্বী হায়বদু ওইনরিবনি ॥২২॥ দিনগী মচানা মরি পোকই ঃ— জ্যোতি, শম, শান্ত অমদি মুনি মখোই অসিনি, অগ্নিগী মচানা কুমার হায়বা অসিনি ; মহাক অসি য়াম্না ফজৈ অমসুং শরবনদা পোকখি ॥২৩॥

কুমার হায়বসিগী শাখ, বিশাখ অমসুং নৈগমেয় কৌবা মনাওনিপা অহুম লৈ। কৃত্তিকা তরুকনা কুমার অনিবু যোকখি ; মরম অদুনা কুমার সিবু কার্ত্তিকেয় হায়না খংনৈ ॥২৪॥ বায়ুগী ভার্য্যাগী মমিং শিবা কৌই ; বায়ুগী ঔরসদগী শিবাগী গর্ভদা মনোজব অমদি অবিজ্ঞাতগতি কৌবা মচা অনি পোকই ॥২৫॥ প্রত্যুষগী মচানা মহর্ষি দেবল হায়রবসিনি ; দেবলগী মচা অনি পোকখি, মখোয় অনি কনবিহেন অমদি য়াম্না জ্ঞানী ওইবা মীশক ওইখি ॥২৬॥ বৃহস্পতিগী য়াম্না ফজরবী মচনুপী অমা লৈরম্মি; মহাক্কি পুমিৎ চুপপা যোগ সাধন তৌদুনা বেদগী বক্তৃতা তৌদুনা শান্ত লৈখি। গৃহস্থ আশ্রমদা চংত্রিদ্রবা করিগুম্বা, বিষয়দা পুক্রিংচংদনা পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা কোয়চং চৎলম্মি ॥২৭॥ বসু নিপালগী মনুংদা খুইদগী অতোপ্পা প্রভাসরমু হায়বদুনা বৃহস্পতিগী মচন অসিবু লুহোংখ্রনা লৌখি; প্রভাসকী ঔরসদগী মহাকবী গর্ভদা মখুৎমশা হৈবগী ইহানহান্না হৌদোকপা বিশ্বকর্ম্মা হায়বদু পোকখি ॥২৮॥ খুৎলা হৈবগী মনুংদা থম্বাইদগী অখোইবা বিশ্বকর্ম্মা হায়রবসিনা দেবতা পুমনমক্কী য়ুমকে শাবা খুৎশুম্লাই শাবা ওইবা লৈখি ; মহাক্না মখল মখা অয়াম্বা খুৎলা হৈবগী পোৎচৈ অমদি শেং চাম্বা লোশাক লৈতেংবা হৌদোকখি ॥২৯॥ হায়রিবা বিশ্বকর্ম্মা হায়বসিনা দেবতা পুমনমক্কী বিমান য়ামা অনি শাখিবনি, মহাক্না হৌদোকলম্বা বিশ্বকর্ম্মাগী শিল্পবিদ্যাগী পাম্বৈনা খুৎশা হৈবাসী কয়ানা শিল্পবিদ্যাগী চৌঙ্গিক. ফাওবা, মানী মাগী জীবিকা ওইনরি; মহাকপু ঈশ্বরগী হায়না খনদুনা খুৎ-শা [illegible] ॥৩০॥

[illegible] পুত্রগী [illegible] মরক ভাঁগা মর্ব্বনা শীওইবগী মমক মতো হৌদুনা ব্রহ্মাগী

অরুকস্ত ত্রয়াঃ পুত্রাঃ সর্বভূতমনোহরাঃ। শমঃ কামশ্চ হর্ষশ্চ তেজসা লোকধারিণঃ ॥৩২॥

কামস্য তু রতির্ভার্য্যা শমস্য প্রাপ্তিরঙ্গনা। নন্দা তু ভার্য্যা হর্ষস্য যাসু লোকাঃ প্রতিষ্ঠিতাঃ ॥৩৩॥

মরীচেঃ কশ্যপঃ পুত্রঃ কশ্যপস্য সুরাসুরাঃ। জজ্ঞিরে নৃপশার্দ্দূল! লোকানাং প্রভবস্তু সঃ ॥৩৪॥

ত্বাষ্ট্রী তু সবিতুর্ভার্য্যা বড়বারূপধারিণী। অসূয়ত মহাভাগা সান্তরিক্ষেঽশ্বিনাবুভৌ ॥৩৫॥

দ্বাদশৈবাদিতেঃ পুত্রাঃ শক্রমুখ্যা নরাধিপ! তেষামবরজো বিষ্ণুর্যত্র লোকাঃ প্রতিষ্ঠিতাঃ ॥৩৬॥

ত্রয়স্ত্রিংশত ইত্যেতে দেবাস্তেষামহং তব। অন্বয়ং সম্প্রবক্ষ্যামি পক্ষৈশ্চ কুলতো গণান্ ॥৩৭॥

রুদ্রাণামপরঃ পক্ষঃ সাধ্যানাং মরুতাং তথা। বসূনাং ভার্গবং বিদ্যাদ্বিশ্বেদেবাংস্তথৈব চ ॥৩৮॥

বৈনতেয়স্তু গরুড়ো বলবানরুণস্তথা। বৃহস্পতিশ্চ ভগবানাদিত্যেষ্বেব গণ্যতে ॥৩৯॥

অশ্বিনৌ গুহ্যকান্ বিদ্ধি সর্বৌষধ্যস্তথা পশূন্। এতে দেবগণা রাজন্! কীর্ত্তিতাস্তেঽনুপূর্বশঃ ॥৪০॥

যান্ কীর্ত্তয়িত্বা মনুজঃ সর্বপাপৈঃ প্রমুচ্যতে। ব্রহ্মণো হৃদয়ং ভিত্ত্বা নিঃসৃতো ভগবান্ ভৃগুঃ ॥৪১॥

ভৃগোঃ পুত্রঃ কবির্বিদ্বান্ শুক্রঃ কবিসুতো গ্রহঃ। ত্রৈলোক্যপ্রাণযাত্রার্থং বর্ষাবর্ষে ভয়াভয়ে।

স্বয়ম্ভুবা নিযুক্তঃ সন্ ভুবনং পরিধাবতি ॥৪২॥

য়েৎথংবা থোমজিন থিনগাইষ্ণনা চোংথোকখি ॥৩১॥ ধর্ম্ম অসিগী অমুক মচা অহুম পোকখি; মখোয়গী মমিংদি শম, কাম, হর্ষ হায়না কৌই; মখোযনা মাগী মাগী শক্তিনা লোক খিবিকপু ভাক্তুনা থম্মিবসিনি ॥৩২॥ কামগী ভার্য্যানা রতি কৌই; শমগী ভার্য্যানা প্রাপ্তি কৌই; অতুগা হর্ষগী ভার্য্যানা নন্দা কৌই। মখোয়সিগী শক্তিদা তাইবং জীব পৃম্বনা মথম্বাই হিংহুনা লৈরিবনি ॥৩৩॥ হে অথোইবা নিংথৌ! মরীচিগী মচানা কশ্যপনি, কশ্যপকী মচা মশুনা দেবতা ময়াম অসুর ময়াম অসিনি; অহুনা কশ্যপ হায়রবসিনা থম্বাই পনবা পুমনমক্কী অপোকপা মপানি ॥৩৪॥ সূর্য্যগী ভার্য্যা ত্বাষ্ট্রীনা সগোল অমোমগী মশক লৌহুনা আকাশদা অশ্বিনী কুমার কৌবা মচা অনি পোকখি ॥৩৫॥ মহারাজ! (ইন্দ্রনচিংবা মখোয় তরানিথোইনা অদিতিগী মচানি; মখোয়গী মমুংদা থম্বাইগী অতোপ্পা মনাপ্ননা বামনগী মশক লৌবা বিষ্ণু হায়বসিনি; মাগী মথক্তা মরোল অহুমনা লেংদনা লৈরিবনি) ॥৩৬॥ হায়রিবা দেবতা কুন্থ্রাহুমদোই হায়বদু আদিত্য তরানিথোই, বসু নিপাল, রুদ্র তরামাথোই, প্রজাপতি অমা, বষটকার অমা, অসিনি। ঐনা মহারাজগী মফমদা মখোয়সিগী বংশাবলী অসি মাগী মাগী কাংলুপকী মতুংইন্না মথং মথং হায়থজরক্কে ॥৩৭॥ রুদ্রশিংনা কাংবু অমনি, সাধ্যশিংনা কাংবু অমনি, মরুৎশিংনা কাংবু অমনি, বসুসিংনা অতোপ্পা কাংবু অমনি; ভার্গব অমদি বিশ্বেদেবশিংনা কাংবু অমমমনি ॥৩৮॥ বিনতাগী মচা গরুড়গা অরুণগা অনিসিগা অমদি অঙ্গিরাগী মচা বৃহস্পতিগা মখোয় অহুম অসি আদিত্য কাংবুগী মমুং চল্লি ॥৩৯॥ অশ্বিনী কুমার অনিনা গুহ্যককী মমুং চল্লি। লৈপাল লৈপাল অমদি উবী বারি পৃম্বনা পশু কৌবা কাংবুশিং মমুং চল্লি হায়না খংবিয়দবনি। মহারাজ! মহারাজগী মফমদা মথং মনাও নাইনা দেবতাশিংগী মপোক্কী বারী লীজরবনি ॥৪০॥

মীওইবনা মাসিবু শক শোল্লগা পাপ পুম্নমক্কী কোকথৈ। অসোমদা ভগবান ভৃগুনা ব্রহ্মাগী থমোইগী চোংথোকখি ॥৪১॥ ভৃগুগী মচানা শুক্রনি, মতমগী-অতুং ইন্না মহাক অসুর রাজা অসুর

যোগাচার্য্যো মহাবুদ্ধির্দৈত্যানামভবদ্গুরুঃ । সুরাণাঞ্চাপি মেধাবী ব্রহ্মচারী যতব্রতঃ ।।৪৩।।

তস্মিন্ নিযুক্তে বিধিনা যোগক্ষেমায় ভার্গবে । অন্যমুৎপাদয়ামাস পুত্রং ভৃগুরনিন্দিতম্ ।।৪৪।।

চ্যবনং দীপ্ততপসং ধর্ম্মাত্মানং যশস্বিনম্ । যঃ স রোষাচ্চ্যুতো গর্ভান্মাতুর্মোক্ষায় ভারত ! ।।৪৫।।

আরুষী তু মনোঃ কন্যা তস্য পত্নী মনীষিণঃ । ঔর্ব্বস্তস্যাং সমভবদূরুং ভিত্ত্বা মহাযশাঃ ।।৪৬।।

মহাতেজা মহাবীর্য্যো বাল এব গুণৈর্যুতঃ । ঋচীকস্তস্য পুত্রস্তু জমদগ্নিস্ততোঽভবৎ ।।৪৭।।

জমদগ্নেস্তু চত্বার আসন্ পুত্রা মহাত্মনঃ । রামস্তেষাং জঘন্যোঽভূদজঘন্যৈর্গুণৈর্যুতঃ ।

সর্ব্বশস্ত্রেষু কুশলঃ ক্ষত্রিয়ান্তকরো বশী ।।৪৮।।

ঔর্ব্বস্যাসীৎ পুত্রশতং জমদগ্নিপুরোগমম্ । তেষাং পুত্রসহস্রাণি বভূবুর্ভুবি বিস্তরঃ ।।৪৯।।

দ্বৌ পুত্রৌ ব্রহ্মণস্ত্বন্যৌ যয়োস্তিষ্ঠতি লক্ষণম্ । লোকে ধাতা বিধাতা চ যৌ স্থিতৌ মনুনা সহ ।।৫০।।

তয়োরেব স্বসা দেবী লক্ষ্মীঃ পদ্মগৃহা শুভা । তস্যাস্তু মানসাঃ পুত্রাস্তুরগা ব্যোমচারিণঃ ।।৫১।।

---

মহাজ্ঞানী ওইখি অমদি গ্রহগী মনুং চনখি; অহগী মতুংদা ব্রহ্মানা মাঙোনদা মরোল অহুমগী হিংননবগীদমক বৃষ্টি, অনাবৃষ্টি, ভয, নির্ভয়তানচিংবগী, বিষযদা শীজিন্নখি, অবস্থা অসিদা মহাক্না মরোল অহুমদা কোইচৎ চংতুনা লৈরি ।।৪২।। হে শিংলবা, তপস্যা কল্লবা, যোগসাধণগী অধ্যাপক ওইরবা ভৃগুগী মচা শুক্র অমদি বৃহসপতি অনিনা মথং শিংনা দৈত্য অমদি দেবতাশিংগী গুরু অমদি পুরোহিত ওইখি ।।৪৩।।

ব্রহ্মানা ভৃগুগী মচা শুক্র অমদি বৃহস্পতি অনিবু দৈত্য অমদি দেবতাশিংগী মন্ত্রী হাপখ্রবদা ভৃগুনা চ্যবনকৌবা মচা অমসু পোকখি। চ্যবন হাযবা অসি মতুংদা তপস্যাকল্লবা ধর্ম্ম চেল্লবা অমদি মমিং চৎলবা ঋষি অমা ওইখি; হাযরিবা চ্যবন অসিনা পুলোমাকৌবা হিংচাবগী মপুৎওগী মমাবু কনগে হাযদুনা অশাওবগা লোয়ননা মমাগী গর্ভদগী চোংথোকখি ।।৪৪—৪৫।। মনুগী মচানুপী আরুষী হায়বী অসি চ্যবনগী ভয্যা ওইখি। আরুষীগী মফৈগলদগী চোংথোকবক্তুনা ঔর্ব্ব কৌবা মচাঅমা পোকখি। ঔর্ব্বগী মচানা ঋচীক, ঋচীককী মচানা জমদগ্নি পোকখি ।।৪৭।। জমদগ্নিগী মচা মরি পোকখি; মখোযগী মনুংদা রামনা খ্বাইদগী অতোম্বনি; অতুমদিওইববদা মহাক্না খ্বাইদগী মতিক মগুণ লৈবনি অথোইনি। করিনা হায়ববু মহাক অসি খুজু থুলায় পুমনমক হৈরবা ইন্দ্রি খুম্নম চনবা নিপানি অতুগা ক্ষত্রিয শাইগেবু তুমনা শাংথিবা মহাক্নি ।।৪৮।।

ঋচীকগী জমদগ্নিনচিংবা মচা চামা পোকখি; হায়রিবা মচা চামা অসিগী মচা লিশিং অমা পোকখি; মখোয় অহুদগী পাক চাওরবা ভৃগুবংশ শন্দোকখি ।। ৪৯ ।। ধাত্রা অমদি বিধাতা কৌবা ব্রাহ্মাগী মচা অনি পোকখি; মখোয় অনি অসিনা জগৎতা লৈরিবা জীব পুম্নমক্তা মানা মানা তৌবা কর্ম্মগী ফল পি, মতৌ অমুম্না মখোয় অনি অসি মনুগা থাক চপ মান্নবা লৈখি ।।৫০।। মখোযগী মপক ওইরিবী, পদ্মাদা লৈকাদা তোংলিবী, লক্ষ্মী দেবীনা ধাতা বিধাতা অনিগী মচলনি; আকাশদা কোযচৎ চত্তুনা লৈরিবা শগোলশিংনা মহাক্কী মপুক্কিংদগী পোকপা মচা ওাক্তনি ।।৫১।।

বরুণস্য ভার্য্যা যা জ্যেষ্ঠা শুক্রাদ্দেবী ব্যজায়ত। তস্যাঃ পুত্রং বলং বিদ্ধি সুরাঞ্চ সুরনন্দিনীম্ ॥৫২॥
প্রজানামন্নকামানামন্যোন্যপরিভক্ষণাৎ। অধর্ম্মস্তত্র সঞ্জাতঃ সর্ব্বভূতবিনাশকঃ ॥৫৩॥
তস্যাপি নির্ঋতির্ভার্য্যা নৈর্ঋতা যেন রাক্ষসাঃ। ঘোরাস্তস্যাস্ত্রয়ঃ পুত্রাঃ পাপকর্ম্মরতাঃ সদা ॥৫৪॥
ভয়ো মহাভয়শ্চৈব মৃত্যুর্ভূতান্তকস্তথা। ন তস্য পুত্রো ভার্য্যা বা কশ্চিদস্ত্যন্তকো হি সঃ ॥৫৫॥
কাকীং শ্যেনীং তথা ভাসীং ধৃতরাষ্ট্রীং তথা শুকীম্। তাম্রা তু সুষুবে দেবী পঞ্চৈতা লোকবিশ্রুতাঃ ॥৫৬॥
উলূকান্ সুষুবে কাকী শ্যেনী শ্যেনান্ ব্যজায়ত। ভাসী ভাসানজনয়দ্গৃধ্রাংশ্চৈব জনাধিপ ॥৫৭॥
ধৃতরাষ্ট্রী তু হংসাংশ্চ কলহংসাংশ্চ সর্ব্বশঃ। চক্রবাকাংশ্চ ভদ্রা তু জনয়ামাস সৈব তু ॥৫৮॥
শুকী চ জনয়ামাস শুকানেব যশস্বিনী। কল্যাণগুণসম্পন্না সর্ব্বলক্ষণপূজিতা ॥৫৯॥
নব ক্রোধবশা নারীঃ প্রজজ্ঞে ক্রোধসম্ভবাঃ। মৃগী চ মৃগমন্দা চ হরী ভদ্রমনা অপি ॥৬০॥
মাতঙ্গী ত্বথ শার্দ্দূলী শ্বেতা সুরভিরেব চ। সর্ব্বলক্ষণসম্পন্না সুরসা চৈব ভামিনী ॥৬১॥
অপত্যন্তু মৃগাঃ সর্ব্বে মৃগ্যা নরবরোত্তম। ঋক্ষাশ্চ মৃগমন্দায়াঃ সৃমরাশ্চ পরন্তপ ॥৬২॥
ততস্ত্বৈরাবতং নাগং জজ্ঞে ভদ্রমনাঃ সুতম্। ঐরাবতঃ সুতস্তস্যা দেবনাগো মহাগজঃ ॥৬৩॥
হর্য্যাশ্চ হরয়োঽপত্যং বানরাশ্চ তরস্বিনঃ। গোলাঙ্গুলাংশ্চ ভদ্রং তে হর্য্যাঃ পুত্রান্ প্রচক্ষতে ॥৬৪॥

---

শুক্রাচার্য্যগী মচা মুপীনা বরুণগী মুপী অহল ওইখি; মহাক্কী গর্ভদা বল কৌবা মচা নিপা অমগা সুরা কৌবী মচানুপী অমগা পোকখি ॥ ৫২ ॥ মমুনচিংবা আদি পুরুষশিং অহুমা অমগা অমগগী অচা অথক লামশিন্নহনা চানবদগী অধর্ম্ম হাযবদু পোকখি; অধর্ম্ম হায়বা অসিতমা জীব পানবা পুম্নমক্কী মাংহনবগী মরুনি ॥ ৫৩ ॥ অধর্ম্ম অসিগী নিঋতি কৌবী ভার্য্যা অমা লৈরমই; মাগী গর্ভদগী হিংচাবা ময়াম পোকথি; অদুগা অমুক মুমিৎ চুপপা পাপ কর্ম্মদা পুক্কিং চংলবা অমদি তমথিরবা লমচৎনা মথোয়গী ওইবা মচা অহুম নিঋতিগী গর্ভদা পোকখি। মথোয়গী মমিংদি ভয় মহাভয়, অমদি মৃত্যু কৌই। মৃত্যু হায়বা অসিগী মতু মচা অমতা লৈরমদে, মরমদি মহাক্কনা থম্বাই পানবা পুম্নমকপু মাংহল্লি ॥ ৫৪-৫৫ ॥ জগৎ কাউববী কাকী, শ্যেনী, ভাসী, ধৃতরাষ্ট্রী, অমসুং শুকী কৌবী মচা মুপী মঙা অসি তাম্রাদেবীনা পোকখি ॥ ৫৬ ॥ মহারাজ। কাকীনা কাক অমদি মকু; শ্যেনীনা শ্যেন (খুমুথরং) ভাসীনা ভাস অমদি লংজা পোকখি ॥ ৫৭ ॥ ধৃতরাষ্ট্রীনা তাহু কাংঙনচিংবা মথল মথল অমদি ভদ্রানা চক্রবাক পোকখি ॥ ৫৮ ॥

অফবা গুণ চেন্নবী, অফবা লক্ষনা থিবিক্কা তিন্নবী মিংচৎ চাওরবী শুকীনা শুকু শাপী (তেমন্না) পুমনমক পোকখি ॥ ৫৯ ॥ ক্রোধদগী শাওগন্নবী মচা মুপী মাপল পোকখি। মথোয়গী মমিংদি মৃগী, মৃগমন্দা, হরী, ভদ্রমনা মাতঙ্গী, শার্দ্দূলী, শ্বেতা অফবা লক্ষণ থিবিক্কা তিন্নবী সুরভি অমদি শাওগন্নবী সুরসা অসিনি ॥ ৬০—৬১ ॥ মহারাজ। শজি শত্রাং পুম্নমকসি মৃগী কৌবী অসিগী মচানি, শরোমনচিংবা শা কয়ানা মৃগমন্দা হায়বী অসিগী মচানি ॥ ৬২ ॥ অদুগী মতুংদা ভদ্রমনা হায়বী অসিনা ঐরাবত শামু পোকখি। চাউরবা শামু অসি দেবতাশিংগী শামোং ওইখি ॥ ৬৩ ॥ হয়েঙোই, য়োং, অমদি গোয়াঙ্গুল কৌবনচিংবা য়োং মখল মখল অহিনা

প্রজজ্ঞে ত্বথ শার্দ্দূলী সিংহান্ ব্যাঘ্রাননেকশঃ। দ্বীপিনশ্চ মহাসত্ত্বান্ সর্বানেব ন সংশয়ঃ ॥৬৫॥
মাতঙ্গ্যপি চ মাতঙ্গানপত্যানি নরাধিপ। দিশাং গজং তু শ্বেতাখ্যং শ্বেতাজনয়দাশুগম্ ॥৬৬॥
তথা দুহিতরৌ রাজন্! সুরভির্বৈ ব্যজায়ত। রোহিণীঞ্চৈব ভদ্রং তে গন্ধর্বীঞ্চ যশস্বিনীম্ ॥৬৭॥
বিমলামপি ভদ্রং তে অনলামপি ভারত! রোহিণ্যাং জজ্ঞিরে গাবো গন্ধর্ব্যাং বাজিনঃ সুতাঃ ॥৬৮॥
ইরায়াঃ কন্যকা জাতাস্তিস্রঃ কমললোচনাঃ। বনস্পতীনাং বৃক্ষাণাং বীরুধাঞ্চৈব মাতরঃ ॥৬৯॥
লতারুহে চ দ্বে প্রোক্তে বীরুধা চৈব তাঃ স্মৃতাস্তু। গৃহ্নন্তি যে বিনা পুষ্পং ফলানি তরবঃ পৃথক ॥৭০॥
লতাসু তান্তে বিজজ্ঞাস্তানেবাহুর্বনস্পতীন্। পুষ্পৈঃ ফলগ্রহান্ বৃক্ষান্ রুহায়াঃ প্রসবং বিদুঃ ॥৭১॥
লতাগুল্মানি বৃক্ষাশ্চ ত্বক্সারতৃণজন্তবঃ। বীরুধায়াঃ প্রজাস্তস্যাস্তত্র বংশঃ সমাপ্যতে ॥৭২॥
সপ্তপিণ্ডফলান্ বৃক্ষান্ অনলাপি ব্যজায়ত। অনলায়াঃ শুকী পুত্রী কঙ্কস্তু সুরসাসুতঃ ॥৭৩॥
অরুণস্য ভার্যা শ্যেনী তু বীর্যবন্তৌ মহাবলৌ। সম্পাতিং জনয়ামাস বীর্যবন্তং জটায়ুষম্ ॥৭৪॥
সুরসাজনয়ন্নাগান্ কদ্রুঃ পুত্রাংস্তু পন্নগান্। দ্বৌ পুত্রৌ বিনতায়াস্তু বিখ্যাতৌ গরুড়ারুণৌ ॥৭৫॥
ইত্যেষ সর্বভূতানাং মহতাং মনুজাধিপ!। প্রভবঃ কীর্তিতঃ সম্যঙ্ময়া মতিমতাং বর! ॥৭৬॥

---

হবী কৌবী অসিগী মচানি ॥ ৬৪ ॥ অসিগী মতুংদা শার্দ্দূলী কৌবী অসিনা কৈ, নোংশা, অমদি তোংভাল তোংভালবা, মওংগী কৈ মথল মথল পোকখি ॥ ৬৫ ॥ মহারাজ! মাতঙ্গী কৌবী অসিনা শামু মযাম অমদি শ্বেতা কৌবিনা মখোং য়াংলবা শ্বেত কৌবা মায়কৈ ভাকপা শামু পোকখি ॥৬৬॥ মহারাজ! মঙাবাঙ্গগা মঙ্গল ওইসনু। সুরভিনা রোহিনী অমদি গন্ধর্বী কৌবী মচা নুপী অনি পোকই, অহগী মতুংদা অমুক বিমলা অমদি অনলা কৌবী মচা নুপী অনি পোকই। রোহিনীগী মচানা ষণ গন্ধর্বীগী মচানা শগোল পোকখি ॥ ৬৭ — ৬৮ ॥

ইরাগী ফজরবী থম্বাল মিত্তা তাবী মচানুপী অহুম পোকখি ; মখোয় অহুম অসিনা বটনচিংবা উপাম্বী কয়াগী অমদি উরী ব্বারি পুম্নমক্কী মমা ওইখি ॥৬৯॥ মচা নুপী অহুম অসিগী মমিংদি অমনা লতা কৌই অমনা রুহা কৌই, অমনা বীরুধা কৌই। মপাল শাদনা মহৈ য়ানবা উপাম্বীশিংনা লতাগী মচানি, মখোয় অহবুন বনস্পতি হায়রিবসি। মপাল শাংলবা মতুংদা মহৈ য়ানবাশিং অহুনা বৃক্ষ কৌই, মখোয অসি রুহা হায়বী অসিগী মচা মওাক্তনি ॥৭০-৭১॥ উরী, মচা মচা. মরা চংপা নাপি কয়া, মহৈ মপাল য়ান্দবা পাম্বী মচা কয়া, ম্বা, অমদি নাপি মথল মথল অসিনা বিরুধা কৌবী অসিগী মচা মক্তনি ; মতাক্কী মচা মগুদি অসিদা থমলে ॥৭২॥ বিমলানা পিণ্ডফল য়ানবা উপাম্বী কয়া হায়বদি থাংতুপ, কোনা অসিনচিংবা পাম্বী শুকী সুরসাগী মচানিপানা কঙ্ক পক্ষী পোকখি ॥৭৩॥ অরুণগী ভার্য্যানা শ্যেনী হায়বী অসিনি মহাক্না থোইদোকনা মতিক মগুণ চাউরবা মখোনা নৈরবা সম্পাতি হায়বা অমগা জটায়ু হায়বা অমগা মচা নিপা অনি পোকখি ॥৭৪॥ সুরসানা নোং ময়াম কদ্রুনা লিল ময়াম পোকখি। বিনতাগী মচাশিংগী মতুংদা গরুড়গা অরুণ হায়বশিংগা অনি অসি জগৎ শিন্নবুনা মশিং চংখি ॥৭৫॥ মহারাজ! এইনা মহারাজগী মমমদা অথোই

যং শ্রুত্বা পুরুষঃ সম্যঙ্মুক্তো ভবতি পাপ্মনঃ। সর্ব্বজ্ঞতাঞ্চ লভতে গতিমগ্র্যাঞ্চ বিন্দতি ॥ ৭৭ ॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

সম্ভবে প্রাণ্যাদ্যুৎপত্তির্নাম একষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ ॥৬১॥

অথোইবা জীব কয়াগী মপোক মথংশিংনা লীজরবনি ॥৭৬॥ মাসিবু তারগা মীওইবনা পাপ পুম্নমক্কী কোক্লগনি, খোৎ খোৎপা থংবা হায়বহ্ ওইদুনা অথোইবা থুরমবু ফংই ॥৭৭॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারততা শ্লোক লিশিং চামনা থল্লবা শ্রীবাসনা লেংবা সংহিতাদা আদি পর্ব্বদা সম্ভবদা 'প্রানি উৎপত্তি' কৌবা হুম্ফুমাথোই শুবা অধ্যায় লোয়রে ॥

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব— সম্ভবে প্রাণ্যাদ্যুৎপত্তি

(হুম্ফুনিথোইশুবা অধ্যায়)

জনমেজয় উবাচ।

দেবানাং দানবানাঞ্চ গন্ধর্ব্বোরগরক্ষসাম্। সিংহব্যাঘ্রমৃগাণাঞ্চ পন্নগানাং পতত্রিণাম্ ॥১॥

সর্ব্বেষাঞ্চৈব ভূতানাং সম্ভবং ভগবন্নহম্। শ্রোতুমিচ্ছামি তত্ত্বেন মানুষেষু মহাত্মনাম্।

জন্ম কর্ম্ম চ ভূতানামেতেষামনুপূর্ব্বশঃ ॥ ২ ॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

মানুষেষু মনুষ্যেন্দ্র ! সম্ভূতা যে দিবৌকসঃ। প্রথমং দানবাংশ্চৈব তাংস্তে বক্ষ্যামি সর্ব্বশঃ ॥৩॥

বিপ্রচিত্তিরিতি খ্যাতো য আসীদ্দানবর্ষভঃ। জরাসন্ধ ইতি খ্যাতঃ স আসীন্মনুজর্ষভঃ ॥৪॥

জনমেজয়না হায়খি:— হে ঋষি অথোইবা। লাই, হিংচাবা গন্ধর্ব, লিল, নোংখা, কৈ, শজি, লিল অচৌবা জাৎ, উচেক, অমুক করি হায়রগসি জীবপানবা অথোই অথোইবাশিং অসিনা মীওইবগী মরক্তা লাক্কনা পোক্লরে, করিগী দমক্তা করি ভৌথনা মথোয়না পোক্লরিবা অমদি করম্না পোকখিবা হায়বহ মথংশিংনা তাজনিংই। জীবশিং অসিগী ম্বারী মরমচৎ অভ্ভোবমচিংবা পুম্নমক মথংশিংনা তাজনিংই ॥১-২॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি—মহারাজ ! স্বর্গদা লৈবা দানবশিংনা মর্ত্ত্যলোকতা কুমমরক্তুনা মীওইবগী মরক্তা পোক্লবা, মসিগী ম্বারি মহারাজনা হান্না নীজসে ॥৩॥ বিপ্রচিত্তি

দিতেঃ পুত্রস্তু যো রাজন্! হিরণ্যকশিপুঃ স্মৃতঃ। স জজ্ঞে মানুষে লোকে শিশুপালো নরর্ষভঃ ॥৫॥
সংহ্লাদ ইতি বিখ্যাতঃ প্রহ্লাদস্যানুজস্তু যঃ। স শল্য ইতি বিখ্যাতো জজ্ঞে বাহ্লীকপুঙ্গবঃ ॥৬॥
অনুহ্লাদস্তু তেজস্বী যোঽভূৎ খ্যাতো জঘন্যজঃ। ধৃষ্টকেতুরিতি খ্যাতঃ স বভূব নরেশ্বরঃ ॥৭॥
যস্তু রাজন্! শিবির্নাম দৈতেয়ঃ পরিকীর্ত্তিতঃ। দ্রুম ইত্যভিবিখ্যাতঃ স আসীদ্ভুবি পার্থিবঃ ॥৮॥
বাষ্কলো নাম যস্তেষামাসীদসুরসত্তমঃ। ভগদত্ত ইতি খ্যাতঃ স জজ্ঞে পুরুষর্ষভঃ ॥৯॥
অয়ঃশিরা অশ্বশিরা অয়ঃশঙ্কুশ্চ বীর্য্যবান্। তথা গগনমূর্দ্ধা চ বেগবাংশ্চাত্র পঞ্চমঃ ॥১০॥
পঞ্চৈতে জজ্ঞিরে রাজন্! বীর্য্যবন্তো মহাসুরাঃ। কেকয়েষু মহাত্মানঃ পার্থিবর্ষভসত্তমাঃ ॥১১॥
কেতুমানিতি বিখ্যাতো যস্ততোঽন্যঃ প্রতাপবান্। অমিতৌজা ইতি খ্যাতঃ সোগ্রকর্ম্মা নরাধিপঃ ॥১২॥
স্বর্ভানুরিতি বিখ্যাতঃ শ্রীমান্ যস্তু মহাসুরঃ। উগ্রসেন ইতি খ্যাত উগ্রকর্ম্মা নরাধিপঃ ॥১৩॥
যস্ত্বশ্ব ইতি বিখ্যাতঃ শ্রীমানাসীন্মহাসুরঃ। অশোকো নাম রাজাভূন্মহাবীর্য্যোঽপরাজিতঃ ॥১৪॥
তস্মাদবরজো যস্তু রাজন্নশ্বপতিঃ স্মৃতঃ। দৈতেয়ঃ সোঽভবদ্রাজা হার্দ্দিক্যো মনুজর্ষভঃ ॥১৫॥
বৃষপর্ব্বেতি বিখ্যাতঃ শ্রীমান্ যস্তু মহাসুরঃ। দীর্ঘপ্রজ্ঞ ইতি খ্যাতঃ পৃথিব্যাং সোঽভবন্নৃপঃ ॥১৬॥
অজকস্ত্ববরো রাজন্! য আসীদ্বৃষপর্ব্বণঃ। স শাল্ব ইতি বিখ্যাতঃ পৃথিব্যামভবন্নৃপঃ ॥১৭॥

---

হায়বা দানবশিংগী নিংথৌনা মর্ত্যলোক অসিদা লাক্কুনা জরাসন্ধ অমুম হায়না কৌহুনা মীগী নিংথৌ ওইদুনা পোক্লে ॥৪॥ হিরন্যকশিপু দিতিগী মচা অদুনা মর্ত্যলোকতা কুমথরক্কুনা শিশুপাল অমম্ব হায়না তাইবং মীগী মরক্তা নিংথৌ ওইনা পোকখি ॥৫॥ প্রহ্লাদগী মনাওনিপা সংহ্লাদ হায়না কাওখিবা অদুনা বাহ্লীক বংশগী অথোইবা শল্য অমুম হায়না অকনবা অমা ওইনা পোকখি ॥৬॥ প্রহ্লাদনচিংবা মচিন মনাওশিংগী মনুংদা থবাইদগী অতোনবা অমদি অকনগনি হায়না কাওখিবা অনুহ্লাদ কৌবা অসুর অদুনা ধৃষ্টকেতু কৌবা নিংথৌ ওইনা পোক্লে ॥৭॥ মহারাজ! শিবি কৌবা দৈত্যনা দ্রুম কৌবা নিংথৌ ওইনা পোক্লে ॥৮॥ বাস্কল কৌবা ফাওরবা অসুর অদুনা ভগদত্ত অমুম হায়না কওরবা নিংথৌওইনা পোকখি ॥৯॥ অয়ঃশিরা, অশ্বশিরা, অযঃশঙ্কু; গগনমূর্দ্ধা, অমদি বেগবান কৌবা কল্লবা মহাসুর মঙা অসিনা লাক্কুনা কেকয়দেশগী অথোই অথোইবা নিংথৌ মঙা ওইনা পোক্লখি ॥১০—১১॥ অসি নত্তবা কেতুমান কৌবা থুংকল পাঙল্লবা মহাসুর অদুনা অকিবগী মশক কংলবা স্বভাবনা মহাককী ওইরবা উত্তমৌজা কৌবা নিংথৌ ওইনা পোকখি ॥১২॥ স্বভানু কৌবা রামনা ফজরবা মহাপুরুষ অমনা অকিবা যংলবা লমচৎনা মহাককী ওইবা উগ্রসেন অমম হায়বা নিংথৌ ওইনা পোকখি ॥১৩॥ মরল মথুম লৈরবা অশ্বকৌবা মহাসুর অদুনা মপাঙ্গল কল্লবা অশোক হায়বা নিংথৌ অদুওইনা পোকখি ॥১৪॥ মহারাজ! অশ্বগী মনাওনিপা অশ্বপতি কায়বা দৈত্য অদুনা হার্দ্দিক্য হায়বা নিংথৌ অদুওইনা পোক্লে ॥১৫॥ মতিক মগুণ মরল মথুম রামনা লৈরবা বৃষপর্ব্বা কৌবা মহাসুর অদুনা পৃথিবীদা লাক্কুনা দীর্ঘপ্রজ্ঞ অমম হায়বা নিংথৌওইনা পোকখি ॥১৬॥ মহারাজ! বৃষপর্ব্বগী মনাও নিপা অজক হায়বা অসুর অদুনা ভূমণ্ডলদা অমুক লাক্কুনা শাল্বকৌবা নিংথৌ ওইনা পোকখি ॥১৭॥

অশ্বগ্রীব ইতি খ্যাতঃ সত্ত্ববান্ যো মহাসুরঃ। রোচমান ইতি খ্যাতঃ পৃথিব্যাং সোঽভবন্নৃপঃ ॥১৮॥
সূক্ষ্মস্তু মতিমান্ রাজন্! কীর্ত্তিমান্ যঃ প্রকীর্ত্তিতঃ। বৃহদ্রথ ইতি খ্যাতঃ ক্ষিতাবাসীৎ স পার্থিবঃ ॥১৯॥
তুহুণ্ড ইতি বিখ্যাতো য আসীদসুরোত্তমঃ। সেনাবিন্দুরিতি খ্যাতঃ স বভূব নরাধিপঃ ॥২০॥
একপান্নাম যস্তেষামসুরাণাং বলাধিকঃ। নগ্নজিন্নাম রাজাসীদ্ভুবি বিখ্যাতবিক্রমঃ ॥২১॥
একচক্র ইতি খ্যাত আসীদ্যস্তু মহাসুরঃ। প্রতিবিন্ধ্য ইতি খ্যাতো বভূব প্রথিতঃ ক্ষিতৌ ॥২২॥
বিরূপাক্ষস্তু দৈতেয়শ্চিত্রযোধী মহাসুরঃ। চিত্রবর্ম্মেতি বিখ্যাতঃ ক্ষিতাবাসীৎ স পার্থিবঃ ॥২৩॥
হরস্তু বিহরো বীর আসীদ্যো দানবোত্তমঃ। সুবাহুরিতি বিখ্যাতঃ শ্রীমানাসীৎ স পার্থিবঃ ॥২৪॥
অহরস্তু মহাতেজাঃ শত্রুপক্ষক্ষয়ঙ্করঃ। বাহ্লীকো নাম রাজা স বভূব প্রথিতঃ ক্ষিতৌ ॥২৫॥
নিচন্দ্রশ্চন্দ্রবক্ত্রস্তু য আসীদসুরোত্তমঃ। মুঞ্জকেশ ইতি খ্যাতঃ শ্রীমানাসীৎ স পার্থিবঃ ॥২৬॥
নিকুম্ভস্ত্বজিতঃ সংখ্যে মহামতিরজায়ত। ভূমৌ ভূমিপতিশ্রেষ্ঠো দেবাধিপ ইতি স্মৃতঃ ॥২৭॥
শরভো নাম যস্তেষাং দৈতেয়ানাং মহাসুরঃ। পৌরবো নাম রাজর্ষিঃ স বভূব নরোত্তমঃ ॥২৮॥
কুপটস্তু মহাবীর্য্যঃ শ্রীমান্ রাজন্! মহাসুরঃ। সুপার্শ্ব ইতি বিখ্যাতঃ ক্ষিতৌ জজ্ঞে মহীপতিঃ ॥২৯॥
কপটস্তু রাজন্! রাজর্ষিঃ ক্ষিতৌ জজ্ঞে মহাসুরঃ। পার্ব্বতেয় ইতি খ্যাতঃ কাঞ্চনাচলসন্নিভঃ ॥৩০॥

---

অশ্বগ্রীব কৌবা কল্লবা মহাসুর অতুনা পৃথিবীদা লাক্কুনা রোচমান কৌবা ফাওরবা নিংথৌ ওইনা পাকখি ॥১৮॥ বুদ্ধি লৈরবা, মসিং চৎলবা, সূক্ষ্ম কৌবা অসুর অতুনা ভুমণ্ডলদা লাক্কুনা বৃহদ্রথ কৌবা নিংথৌ ওইনা পোকখি ॥১৯॥ তুহুণ্ড কৌবা অখোইবা অসুর অতুনা অসিদা লাক্কুনা সেনাবিন্দু কৌবা নিংথৌওইনা পোকখি ॥২০॥ অসুরশিংগী মরক্তা অথোইবা অমদি মপাঙ্গল কল্লবা একপাদ্ কৌবা দৈত্য অতুনা ভুমণ্ডল অসিদা লাক্কুনা মপাঙ্গল মথৌনাদা ফাওরবা নগ্নজিৎ কৌবা নিংথৌওইনা পোকখি ॥২১॥ একচক্র কৌবা মহাসুর অতুনা প্রতিবিন্ধ্য কৌবা নিংথৌ ওইনা পোক্লকুনা অগাত্তা লেংদবা মিংচৎ থমখি ॥২২॥ লানশোক্লবা মথল মগল হৈরবা বিরূপাক্ষ কৌবা মহাসুর অতুনা পৃথিবী অসিদা লাক্কুনা চিত্রবর্ম্মা কৌবা ফাউরবা নিংথৌ অমা ওইনা পোকখি ॥২৩॥ য়েক্লবা তুমনা হাৎলবা হর কৌবা কল্লবা দানব অতুনা সুবাহু কৌবা নিংথৌওইনা পোক্লে ॥২৪॥ য়েক্লবাথিবিক হাৎলবা, মপাঙ্গলথোইনা কল্লবা অহর কৌবা অসুর অতুনা লাক্কুনা বাহ্লীক কৌবা মমিংচৎলবা নিংথৌ ওইনা পোকখি ॥২৫॥ মাই-থোংনা থাগুম ফজরবা নিচন্দ্র কৌবা মহাসুর অতুনা ভুমণ্ডল অসিদা লাক্কুনা মুঞ্জকেশ অসুম হায়না কৌরবা মরল মথুম লৈরবা অচৌবা নিংথৌ ওইনা পোকখি ॥২৬॥ থোঙ্গদোক্লা শিংলবা লাল ভুমগলবা নিকুম্ভ কৌবা দানব অতুনা ভুমণ্ডলদা লাক্কুনা দেবাধিপ কৌবা নিংথৌ ওইনা পোকখি ॥২৭॥ দৈত্যশিংগী মধ্যদা শরভ অসুম হায়না ফাউরবা মহাসুর অতুনা পৌরব কৌবা রাজর্ষি অতুওইনা পোকখি ॥২৮॥ মহারাজ! মপাঙ্গলচাউরবা অমদি মরল মথুম লৈরবা কুপট কৌবা মহাসুর অতুনা পৃথিবী অসিদা লাক্কুনা সুপার্শ্ব কৌবা নিংথৌ ওইনা পোকখি ॥২৯॥ ধর্ম্ম চেল্লবা কপট কৌবা দৈত্য অতুনা ভুমণ্ডল অসিদ লাক্কুনা সুমেরুগা মান্না তৌরবা তুকুনা লৈতেংলবা পার্ব্বতেয় কৌবা নিংথৌ অতু ওইনা পোকখি ॥৩০॥

দ্বিতীয়ঃ শলভস্তেষামসুরাণাং বভূব হ। প্রহ্লাদো নাম বাহ্লীকঃ স বভূব নরাধিপঃ ॥৩১॥
চন্দ্রস্তু দিতিজশ্রেষ্ঠো লোকে তারাধিপোপমঃ। চন্দ্রবর্ম্মেতি বিখ্যাতঃ কাম্বোজানাং নরাধিপঃ ॥৩২॥
অর্ক ইত্যভিবিখ্যাতো যস্তু দানবপুঙ্গবঃ। ঋষিকো নাম রাজর্ষির্বভূব নৃপসত্তম ॥৩৩॥
মৃতপা ইতি বিখ্যাতো য আসীদসুরোত্তমঃ। পশ্চিমানূপকং বিদ্ধি তং নৃপং নৃপসত্তম ॥৩৪॥
গবিষ্ঠস্তু মহাতেজা যঃ প্রখ্যাতো মহাসুরঃ। দ্রুমসেন ইতি খ্যাতঃ পৃথিব্যাং সোঽভবন্নৃপঃ ॥৩৫॥
ময়ূর ইতি বিখ্যাতঃ শ্রীমান্ যস্তু মহাসুরঃ। স বিশ্ব ইতি বিখ্যাতো বভূব পৃথিবীপতিঃ ॥৩৬॥
সুপর্ণ ইতি বিখ্যাতস্তস্মাদবরজস্তু যঃ। কালকীর্ত্তিরিতি খ্যাতঃ পৃথিব্যাং সোঽভবন্নৃপঃ ॥৩৭॥
চন্দ্রহন্তেতি যস্তেষাং কীর্ত্তিতঃ প্রবরোঽসুরঃ। শুনকো নাম রাজর্ষিঃ স বভূব নরাধিপঃ ॥৩৮॥
বিনাশনস্তু চন্দ্রস্য য আখ্যাতো মহাসুরঃ। জানকির্নাম বিখ্যাতঃ সোঽভবন্মনুজাধিপঃ ॥৩৯॥
দীর্ঘজিহ্বস্তু কৌরব্য য উক্তো দানবর্ষভঃ। কাশিরাজঃ স বিখ্যাতঃ পৃথিব্যাং পৃথিবীপতে ॥৪০॥
গ্রহং তু সুষুবে যং তু সিংহিকা চন্দ্রমর্দ্দনম্। স ক্রাথ ইতি বিখ্যাতো বভূব মনুজাধিপঃ ॥৪১॥
দনায়ুষস্তু পুত্রাণাং চতুর্ণাং প্রবরোঽসুরঃ। বিক্ষরো নাম তেজস্বী বসুমিত্রো নৃপঃ স্মৃতঃ ॥৪২॥
দ্বিতীয়ো বিক্ষরাদ্যস্তু নরাধিপ মহাসুরঃ। পাণ্ড্যরাষ্ট্রাধিপ ইতি বিখ্যাতঃ সোঽভবন্নৃপঃ ॥৪৩॥
বলীন ইতি বিখ্যাতো যস্ত্বাসীদসুরোত্তমঃ। পৌণ্ড্রমাৎস্যক ইত্যেবং বভূব স নরাধিপঃ ॥৪৪॥

---

অসুরশিংগী মনুংদা অনিশুবা শলভ কৌবা অসুর অতুনা বাহ্লিকগী দেশদা প্রহ্লাদ কৌবা নিংথৌ ওইনা পোকখি ॥৩১। মাইথোংনা থাগা মাননা ফজরবা চন্দ্রকৌবা দৈত্যনা কম্বোজ দেশতা চন্দ্রবর্ম্মা কৌবা নিংথৌ ওইনা পোকখি ॥৩২॥ মহারাজ! দানব অথোইবা অর্ক হায়বা অতুনা লাক্কুনা ঋষিক কৌবা রাজর্ষি অতু ওইনা পোকখি ॥৩৩॥ মহারাজ! মৃতপা কৌবা অথোইবা অসুর অতুনা লাক্কুনা পশ্চিমদেশদা লাক্কুনা অনূপক কৌবা নিংথৌ ওইনা পোকখি ॥৩৪॥ গবিষ্ঠ কৌবা মতিক মগুন চাউবা মহাসুর অতুনা মর্ত্যলোক অসিদা লাক্কুনা দ্রুমসেন কৌবা নিংথৌ ওইনা পোকখি ॥৩৫॥ ময়ূর কৌবা খাউরবা মহাসুর অতুনা বিশ্বকৌবা নিংথৌ ওইনা পোকখি ॥৩৬॥ ময়ূর অসিগী মনাও সুবর্ন কৌবা অসুর অতুনা পৃথিবী অসিদা লাক্কুনা কালকীর্ত্তি কৌবা নিংথৌ অহ ওইনা পোকখি ॥৩৭॥ অসুরশিংগী মনুংদা অথোইবা ওইবা চন্দ্রহন্তা কৌবা অসুর অতুনা শুনক হায়বা রাজর্ষি অহ ওইনা পোক্লে॥৩৮॥ চন্দ্রমুখবা বিনাশন কৌবা মহাসুর অতুনা মর্ত্য লোকতা লাক্কুনা জানকি কৌবা নিংথৌ ওইনা পোক্লে ॥৩৯॥ মহারাজ! দীর্ঘজিহ্ব কৌবা দানব অহন লাক্কুনা পৃথিবীদা কাশিরাজ হায়বা অকাউবা নিংথৌ অহু ওইনা পোক্লে ॥৪০॥ সিংহিকা দেবীনা পোকখিবা চন্দ্র অমদি সূর্য্য অনিমবপু মরক মরক্তা অহাবা পিরিবা রাহু হায়বা অসুর অতুনা পৃথিবীদা লাক্কুনা ক্রাথ হায়বা নিংথৌ অহ ওইনা পোক্লে ॥৪১॥ দনায়ু কৌবা মচা মরি অহগী মনুংদা অথোইবা, কনথোরবা বিক্ষর কৌবা অসুর অহনা লাক্কুনা বসুমিত্র কৌবা নিংথৌ ওইনা পোক্লে ॥৪২॥ মহারাজ! বিক্ষরগী মনাওনিপা অতুনা লাক্কুনা পাণ্ড্যদেশগী নিংথৌ ওইনা পোক্লে ॥৪৩॥ বলীন কৌবা মহাসুর অতুনা পৌণ্ড্রমাৎস্য

বৃত্র ইত্যভিবিখ্যাতো যস্তু রাজন্! মহাসুরঃ। মণিমান্নাম রাজর্ষিঃ স বভূব নরাধিপঃ ॥৪৫॥
ক্রোধহন্তেতি যস্তস্য বভূবাবরজোঽসুরঃ। দণ্ড ইত্যভিবিখ্যাতঃ স আসীন্নৃপতিঃ ক্ষিতৌ ॥৪৬॥
ক্রোধবর্দ্ধন ইত্যেবং যস্ত্বন্যঃ পরিকীর্ত্তিতঃ দণ্ডধার ইতি খ্যাতঃ সোঽভবন্মনুজর্ষভঃ ॥৪৭॥
কালেয়ানান্তু যে পুত্রাস্তেষামষ্টৌ নরাধিপাঃ। জজ্ঞিরে রাজশার্দ্দূল! শার্দ্দূলসমবিক্রমাঃ ॥৪৮॥
মগধেষু জয়ৎসেন স্তুথামাসীৎ স পার্থিবঃ। অষ্টানাং প্রবরস্তেষাং কালেয়ানাং মহাসুরঃ ॥৪৯॥
দ্বিতীয়স্তু ততস্তেষাং শ্রীমান্ হরিহয়োপমঃ। অপরাজিত ইত্যেবং স বভূব নরাধিপঃ ॥৫০॥
তৃতীয়স্তু মহাতেজা মহামায়ো মহাসুরঃ। নিষাদাধিপতির্জজ্ঞে ভুবি ভীমপরাক্রমঃ ॥৫১॥
তেষামন্যতমো যস্তু চতুর্থঃ পরিকীর্ত্তিতঃ। শ্রেণিমানিতি বিখ্যাতঃ ক্ষিতৌ রাজর্ষিসত্তমঃ ॥৫২॥
পঞ্চমস্তুভবত্তেষাং প্রবরো যো মহাসুরঃ। মহৌজা ইতি বিখ্যাতো বভূবেহ পরন্তপঃ। ৫৩॥
ষষ্ঠস্তু মতিমান্ যো বৈ তেষামাসীন্মহাসুরঃ। অভীরুরিতি বিখ্যাতঃ ক্ষিতৌ রাজর্ষিসত্তমঃ ॥৫৪॥
সমুদ্রসেনস্তু নৃপস্তেষামেবাভবদ্গণাৎ। বিশ্রুতঃ সাগরান্তায়াং ক্ষিতৌ ধর্ম্মার্থতত্ত্ববিৎ ॥৫৫॥
বৃহন্নামাষ্টমস্তেষাং কালেয়ানাং নরাধিপ! বভূব রাজা ধর্ম্মাত্মা সর্ব্বভূতহিতে রতঃ ॥৫৬॥
কুক্ষিস্তু রাজন্! বিখ্যাতো দানবানাং মহাবলঃ। পার্ব্বতীয় ইতি খ্যাতঃ কাঞ্চনাচলসন্নিভঃ ॥৫৭॥

---

কৌবা নিংথৌ ওইহৌনা পোক্লে ॥৪৪॥ বৃত্র কৌবা মহাসুর অসিনা পৃথিবীদা লাক্লুনা মনিমান কৌবা নিংথৌ ওইহৌনা পোক্লে ॥৪৫॥ ক্রোধহন্তা কৌবা বৃত্রাসুরগী মনাও অদুনা ভূমণ্ডল অসিদা লাক্লুনা দণ্ড কৌবা নিংথৌ ওইহৌনা পোক্লে ॥৪৬॥

ক্রোধবর্দ্ধন কৌবা অসুর অদুনা দণ্ডধার কৌবা নিংথৌ ওইহৌনা পোক্লে ॥ ৪৭ ॥ মহারাজ! কালেয় কৌবা হিংচাবাশিংগী মচাশিং অদুগী মসুংদা মচা নিপালনা লাক্লুনা ভূমণ্ডলদা লোংশাগা মান্নবা কল্লবা নিংথৌ নিপাল ওইনা পোক্লে ॥ ৪৮ ॥ হায়রিবা মহাসুর নিপাল অদুগী মসুংদা অথোইবা মহাসুর অদুনা নিংথৌ নিপাল অসিগী মসুংদা অথোইবা জয়ৎসেন কৌবা মগধগী নিংথৌ ওইনা পোক্লে ॥ ৪৯ ॥ অদুগী মতুংদা ইন্দ্রগা মান্নবা ঐশ্বর্য্য লৈবা অনিশুবা কালকেয়না লাক্লুনা অপরাজিত কৌবা নিংথৌ ওইনা পোক্লে ॥ ৫০ ॥ থোইনা কল্লবা মায়া লৈবা অহুম শুবা কালকেয়না পৃথিবী অসিদা কুমথরক্লুনা অকিবগী মশক ফংনা কল্লবা অমদি মথৌনা লৈরবা নিষাদ লৈবাকী নিংথৌ অদু ওইনা পোক্লে ॥ ৫১ ॥ মরিশুবা কালকেয়না লাক্লুনা শ্রেনি কৌবা নিংথৌ ওইনা পোক্লে ॥ ৫২ ॥ মঙাশুবা কালকেয়না লাক্লুনা মহৌজা কৌবা নিংথৌ ওইনা পোক্লে ॥৫৩॥ বুদ্ধি লৈরবা কল্লবা তরুক শুবা কালকেয়না পৃথিবীদা লাক্লুনা অভীরু কৌবা নিংথৌ ওইনা পোক্লে ॥ ৫৪ ॥ তরেৎশুবা কালকেয়না পৃথিবীদা লাক্লুনা সমুদ্রসেন কৌবা ধর্ম্ম চেন্নবা নিংথৌ অদু ওইনা পোক্লে ॥ ৫৫ ॥ নিপাল শুবা কালকেয়না পৃথিবীদা লাক্লুনা জীব পুম্নমক্কী কান্নবদা থৌরবা ধর্ম্ম চেন্নবা বৃহৎ কৌবা নিংথৌ অদু ওইনা পোক্লে ॥ ৫৬ ॥ মহারাজ! কুক্ষি কৌবা কল্লবা দানব অদুনা পৃথিবীদা লাক্লুনা সুমেরু চিংগী মতৌশুবা ওইরবা পার্ব্বতীয় কৌবা নিংথৌ

ক্রথনশ্চ মহাবীর্যঃ শ্রীমান্ রাজা মহাসুরঃ। সূর্য্যাক্ষ ইতি বিখ্যাতঃ ক্ষিতৌ জজ্ঞে মহীপতিঃ ॥৫৮॥
অসুরাণান্তু যঃ সূর্য্যঃ শ্রীমাংশ্চৈব মহাসুরঃ। দরদো নাম বাহ্লীকো বরঃ সর্বমহীক্ষিতাম্ ॥৫৯॥
গণঃ ক্রোধবশো নাম যস্তে রাজন্! প্রকীর্ত্তিতঃ। ততঃ সংজজ্ঞিরে বীরাঃ ক্ষিতাবিহ নরাধিপাঃ ॥৬০॥
মদ্রকঃ কর্ণবেষ্টশ্চ সিদ্ধার্থঃ কীকটস্তথা। সুবীরশ্চ সুবাহুশ্চ মহাবীরোঽথ বাহ্লিকঃ ॥৬১॥
ক্রথো বিচিত্রঃ সুরথঃ শ্রীমান্ নীলশ্চ ভূমিপঃ। চীরবাসাশ্চ কৌরব্য! ভূমিপালশ্চ নামতঃ ॥৬২॥
দন্তবক্ত্রশ্চ নামাসীদ্দুর্জয়শ্চৈব নামতঃ। রুক্মী চ নৃপশার্দ্দূলো রাজা চ জনমেজয়ঃ ॥৬৩॥
আষাঢ়ো বায়ুবেগশ্চ ভূরিতেজাস্তথৈব চ। একলব্যঃ সুমিত্রশ্চ বাটধানোঽথ গোমুখঃ ॥৬৪॥
কারূষকাশ্চ রাজানঃ ক্ষেমধূর্ত্তিস্তথৈব চ। শ্রুতায়ুরুদ্বহশ্চৈব বৃহৎসেনস্তথৈব চ ॥৬৫॥
ক্ষেমোগ্রতীর্থঃ কুহরঃ কলিঙ্গেষু নরাধিপঃ। মতিমাংশ্চ মনুষ্যেন্দ্র ঈশ্বরশ্চেতি বিশ্রুতঃ ॥৬৬॥
গণাৎ ক্রোধবশাদেব রাজপূগোঽভবৎ ক্ষিতৌ। জাতঃ পুরা মহাভাগো মহাকীর্ত্তির্মহাবলঃ ॥৬৭॥
কালনেমিরিতি খ্যাতো দানবানাং মহাবলঃ। স কংস ইতি বিখ্যাত উগ্রসেনসুতো বলী ॥৬৮॥
যস্ত্বাসীদ্দেবকো নাম দেবরাজসমদ্যুতিঃ। স গন্ধর্বপতির্মুখ্যঃ ক্ষিতৌ জজ্ঞে নরাধিপঃ ॥৬৯॥
বৃহস্পতের্বৃহৎকীর্ত্তের্দেবর্ষের্বিদ্ধি ভারত। অংশাদ্দ্রোণং সমুৎপন্নং ভারদ্বাজমযোনিজম্ ॥৭০॥
ধন্বিনাং নৃপশার্দ্দূল! যঃ সর্বাস্ত্রবিদুত্তমঃ। মহাকীর্ত্তির্মহাতেজাঃ স জজ্ঞে মনুজেশ্বর! ॥৭১॥

---

ওইনা পোক্লে ॥ ৫৭ ॥ কল্লবা, মশক মতৌ ফজববা ক্রথ অসুরনা পৃথিবীদা লাক্কুনা সূর্য্যাক্ষ কৌবা নিংথৌ ওইদুনা পোক্লে ॥ ৫৮ ॥ অসুরশিংগী মনুংদা সূর্য্য কৌবা মহাসুর অদুনা লাক্কুনা দরদ দেশগী বাহলীক কৌবা নিংথৌ অদু ওইনা পোকলে ॥ ৫৯ ॥ মহারাজ! মহারাজগী মফমদা ক্রোধবশ কৌবা অসুরশিংগী বা থর হোদোকচখরে, মখোয় ময়ামনা লাক্কুনা কল্ল কল্লবা নিংথৌ ওইদুনা পোকখি ॥ ৬০ ॥
মখোয় অদুগী মমিংদি—মদ্রক, কর্ণবেষ্ট, সিদ্ধার্থ, কীকট, সুবীর, সুবাহু, বাহ্লিক, ক্রথ, বিচিত্র, সুরথ, নীল, চীরবাস, দন্তবক্ত, দুর্জ্জয় রুক্মী, জনমেজয়, আষাঢ় বায়ুবেগ, ভূরিতেজ, একলব্য, সুমিত্র, বাটধান, গোমুখ, কারুষক, ক্ষেমধূর্ত্তি, শ্রুতায়ু, উদ্বহ, বৃহৎসেন, ক্ষেম, উগ্রতীর্থ, কুহর অমসুং ঈশ্বর অসিনি ॥৬১—৬৬॥ হায়রিবা মদ্রকনচিংবা নিংথৌশিং অসিনা ক্রোধবশ কৌবা অসুরশিংনা পোক্লক্কুনা ভূমণ্ডল অসিদা থোইদোকনা মরাইবক ফবা, মিংচৎ চাউরবা অমদি খুৎকন পাঙ্গলবা নিংথৌ লাক্ক ওইখি ॥৬৭॥ (দানবশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী মপাঙ্গল কল্লবা কালনিমি হায়না কাউথ্রবা অসুর অদুনা ভূমণ্ডল অসিদা লাক্কুনা উগ্রসেনগী মচানুপা কংশ ওইনা পোক্লে) ॥৬৮॥ ইন্দ্রগা মান্নবা কল্লবা দেবক কৌবা অসুরনা পৃথিবী অসিদা লাক্কুনা গন্ধর্ব্ব পতি হায়না কৌবা নিংথৌ ওইদুনা পোক্লে ।৬৯॥ মহারাজ! (মিংচৎ চাউরবা দেবর্ষি বৃহস্পতিনা ভরদ্বাজগী গোত্রদা অংশ অমা লৌদুনা দ্রোণাচার্য্য ওইনা পোক্লে; অমদা মমাক ফনাওবা অমগী গর্ভদা চংদুনা পোকখিদে ॥৭০॥)
দ্রোণাচার্য্য হায়বসি নীংথৌ পায়বাশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী অফোইবা ওইরম্মই, খুদং খুলাই

ধনুর্ব্বেদে চ বেদে চ যং তং বেদবিদো বিদুঃ। বরিষ্ঠং চিত্রকর্ম্মাণং দ্রোণং বহুমতং নৃণাম্ ॥৭২॥
মহাদেবান্তকাভ্যাঞ্চ কামাৎ ক্রোধাচ্চ ভারত! একত্বমুপপন্নানাং জজ্ঞে শূরঃ পরন্তপঃ ॥৭৩॥
অশ্বত্থামা মহাবীর্য্যঃ শত্রুপক্ষভয়াবহঃ। বীরঃ কমলপত্রাক্ষঃ ক্ষিতাবাসীন্নরাধিপ! ॥৭৪॥
জজ্ঞিরে বসবস্ত্বষ্টৌ গঙ্গায়াং শান্তনোঃ সুতাঃ। বশিষ্ঠস্য চ শাপেন নিয়োগাদ্বাসবস্য চ ॥৭৫॥
তেষামবরজো ভীষ্মঃ কুরূণামভয়ঙ্করঃ। মতিমান্ বেদবিদ্বাগ্মী শত্রুপক্ষক্ষয়ঙ্করঃ ॥৭৬॥
জামদগ্ন্যেন রামেণ সর্ব্বাস্ত্রবিদুষাং বরঃ। যোহযুধ্যত মহাতেজা ভার্গবেণ মহাত্মনা ॥৭৭॥
যস্তু রাজন্! কৃপো নাম ব্রহ্মর্ষিরভবৎ ক্ষিতৌ। রুদ্রাণান্তু গণাদ্বিদ্ধি সম্ভূতমতিপৌরুষম্ ॥৭৮॥
শকুনির্নাম যস্ত্বাসীদ্রাজা লোকে মহারথঃ। দ্বাপরং বিদ্ধি তং রাজন! সম্ভূতমরিমর্দ্দনম্ ॥৭৯॥
সাত্যকিঃ সত্যসন্ধশ্চ যোহসৌ বৃষ্ণিকুলোদ্বহঃ। পক্ষাৎ স জজ্ঞে মরুতাং দেবানামরিমর্দ্দনঃ ॥৮০॥
দ্রুপদশ্চৈব রাজর্ষিস্তত এবাভবদ্গণাৎ। মানুষে নৃপ! লোকেহস্মিন্ সর্ব্বশস্ত্রভৃতাং বরঃ ॥৮১॥
ততশ্চ কৃতবর্ম্মাণং বিদ্ধি রাজন্! জনাধিপম্। তমপ্রতিমকর্ম্মাণং ক্ষত্রিয়র্ষভসত্তমম্ ॥৮২॥
মরুতান্তু গণাদ্বিদ্ধি সঞ্জাতমরিমর্দ্দনম্। বিরাটং নাম রাজানং পররাষ্ট্রপ্রতাপনম্ ॥৮৩॥

---

পুমনমক তত্বগা লোয়ননা খংলমই, মরম অদুনা খব্রাইদগী তথোইবা লাল লৈবা মিংচৎ চাওবা ওইখি ॥ ৭১ ॥ ধনুর্ব্বেদদা অমদি ততোপ অতোপ্পা বেদস্থ য়াম্না খংবা নিপা অমা ওইরমই, মানা তৌবা থবক পুমনমক অঙবপনি, মহাকনা মহাক্কী বংশবু চাউখৎহল্লমই ॥ ৭২ ॥ মহারাজ! শিব, যম, কাল অমদি ক্রোধ দেবতা মরি অসিনা তিঙ্তুনা মাগী মাগী অংশ থর থর পুদুনা অশ্বত্থামা ওইনা পোকলে ॥ ৭৩-৭৪ ॥ বশিষ্ঠগী শাপতগী অমদি ইন্দ্রগী য়াথংদগী বসু নিপাল্না মর্ত্ত্যলোকতা কুমথরক্লুনা গঙ্গাগী গর্ভদা শান্তনুগী ওইরসদগী পোকখি ॥ ৭৫ ॥ ভীষ্ম কৌবা হায়রিবা শান্তনুগী মচাসিমস্থ নিপালগী মখুংদা খব্রাইদগী অতোপ্পা তচুনি। মহাক অসি য়াম্না শিংবা, নীতি খংবা, বেদ হৈবা, ব্রাঙাং থোন্দা কজবা, মপুক তপ্পা, কুরু বংশগী অকিবা পোকহনবা অমদি য়েক্লবা পুথ্বা ভম্বা নিপা অমা ওইরমই ॥ ৭৬ ॥ খুৎলাই হৈবশিংগী মখুংদা অথোইবা তেজ কল্লবা মহাত্মা ওইরবা ভীষ্ম অসিনা পারশুরামমক্কা লাল থেংনখি ॥ ৭৭ ॥ মহারাজ! কৃপ কৌবা ব্রহ্মর্ষি ওইনা পৃথিবীদা পোকখি, রুদ্র পুমনমবক্কী অংশ পুদুনা অকনবা অমা ওইদুনা পোকখি ॥ ৭৮ ॥ মহারাজ! জগৎ অসিদা মহারাথিনি হায়না ফাওখিরবা শকুনি হায়না কৌবা নিংথৌ অদু দ্বাপরগী অংশমক্তি হায়না খংবিয়ু ॥

রাশক চেৎলবা য়েক্লবা ওয়বা অমদি বৃষ্ণিবংশগী অথোইবা সাত্যকিনা মরুৎশিং নিকুমাগণগী অংশ পুদুনা পোকখি ।৭৯। মহারাজ! অস্ত্র শাস্ত্র খংবা পুমমক্কী অথোইবা রাজর্ষি দ্রুপদনা মরুৎশিংগী অংশ পুদুনা পোকখি ॥৮০॥ মহাত্মা তৌথোরকপা থবক্তা অমগা চাংদমনিংঙাই নৈত্রবা কৃতবর্ম্মাসু মরুৎশিং অতুগী পোকখিবনি ।৮২। য়েক্লবা ওয়বা অমদি য়েক্লবগী লৈবাক্কী অকিবগী মপুক ওইরবা বিরাট নিংথৌসু মরুৎশিং অতুগী শক্তিতনা পোকখিবনি ॥৮৩। অরিষ্টাগী মচা হংস কৌবা অদুনা

অরিষ্টায়াস্তু যস্তু পুত্রো হংস ইত্যভিবিশ্রুতঃ। স গন্ধর্ব্বপতির্জজ্ঞে কুরুবংশবিবর্দ্ধনঃ ॥৮৪॥
ধৃতরাষ্ট্র ইতি খ্যাতঃ কৃষ্ণদ্বৈপায়নাদপি। দীর্ঘবাহুর্মহাতেজাঃ প্রজ্ঞাচক্ষুর্নরাধিপ ॥৮৫॥
মাতুর্দোষাদৃষেঃ কোপাদন্ধ এব ব্যজায়ত। মরুতান্তু গণাদ্বীরঃ সর্ব্বশস্ত্রভৃতাং বরঃ ॥৮৬॥
তস্যৈবাবরজো ভ্রাতা মহাসত্ত্বো মহাবলঃ। স পাণ্ডুরিতি বিখ্যাতঃ সত্যধর্ম্মরতঃ শুচিঃ ॥৮৭॥
ধর্ম্মাত্তু সুমহাভাগং পুত্রং পুত্রবতাং বরম। বিদুরং বিদ্ধি তং লোকে জাতং বুদ্ধিমতাং বরম্ ॥৮৮॥
কলেরংশস্তু সংজজ্ঞে ভুবি দুর্য্যোধনো নৃপঃ। দুর্বুদ্ধির্দুর্ম্মতিশ্চৈব কুরূণাময়শস্করঃ ॥৮৯॥
জগতো যস্তু সর্ব্বস্য বিদ্বিষ্টঃ কলিপুরুষঃ। যঃ সর্ব্বাং ঘাতয়ামাস পৃথিবীং পৃথিবীপতে! ॥৯০॥
উদ্দীপিতং যেন বৈরং ভূতান্তকরণং মহৎ। পৌলস্ত্যা ভ্রাতরস্তস্য জজ্ঞিরে মনুজেম্বিহ ॥৯১॥
শতং দুঃশাসনাদীনাং সর্ব্বেষাং ক্রূরকর্ম্মণাম্। দুর্ম্মুখো দুঃসহশ্চৈব যে চান্যে নানুকীর্ত্তিতাঃ ॥ ৯২ ॥
দুর্য্যোধনসহায়াস্তে পৌলস্ত্যা ভরতর্ষভ! বৈশ্যাপুত্রো যুযুৎসুশ্চ ধার্ত্তরাষ্ট্রঃ শতাধিকঃ ॥৯৩॥

জনমেজয় উবাচ।

জ্যেষ্ঠানুজ্যেষ্ঠতামেষাং নামধেয়ানি বা বিভো। ধৃতরাষ্ট্রস্য পুত্রাণামানুপূর্ব্ব্যেণ কীর্ত্তয় ॥৯৪॥

---

কুরুবংশদা পোক্লদুনা গন্ধর্ব্বশিংগী নিংথৌ ওইখি।৷৮৪॥ অস্ত্র পাইবা পুম্নমক্কী অথোইবা তেজ লৈরবা অমদি পাম্বোমনা খুউ মথা যোনা চোংল্লবা ধৃতরাষ্ট্রনা মমাগী দোষদগী অমদি ঋষিগী অশাওবদগী পোকপদগী মিৎ তাংদুনা মকৎশিংগী অংশ পুম্বনা বেদব্যাসগী ঔরসতগী পোকখি ॥৮৫—৮৬॥ থোইদোক্লা নোম্বা কল্লবা, মপাঙ্গল কল্লবা, সত্য ধর্ম্মদা পুক্লিং চংলবা, মপুকচেল শেংলবা, পাণ্ডুনা ধৃতরাষ্ট্র অতুগী মনাও ওইনা পোকখি ॥৮৭॥ মরাইবক ফরবা মবুদ্ধি লৈরবা ব্যাসগী মচানিপা বিদুরনা ধর্ম্মমককী অংশ পুদুনা ভূমণ্ডল অসিদা পোকখি ॥৮৮॥ ফত্তবা বুদ্ধিদা চংখোল্লবা, তৌঙ্গমদ্রবা, আশাদা মতৌখ্রবা, মপুকচেল ফত্রবা, কুরু শাগেগী মাইথোংদা কলঙ্ক ওইরবা নিংথৌ দুর্য্যোধননা দ্বাপরদা কলিগী অংশ পুদুনা পোকখি ॥৮৯॥ মহারাজ! হায়রিবা কলি অহনা জগতদা লৈরিবা মী পুম্নমককী য়েক্লবা ওইদুনা, কলি অতুগী অংশ পুদুনা পোক্লবা দুর্য্যোধননা পৃথিবীদা লৈরিবা অকনবা পুম্নমককী মাংননবগী মরু ওইখি ॥৯০॥ অমুক হায়রিবা দুর্য্যোধন অসিনা পাণ্ডবসিংগী মফমদা অকনবা পুমনমক্কী মাংনবগী মক ওইবা শত্রুতা থমখি; হিংচাবশিংনা পৃথিবীদা লাক্লুনা দুর্য্যোধন অসিগী মনাও ওইনা পোকখি ॥৯১॥ দুঃশাসন, দুর্ম্মুখ অমসুং দুঃসহনচিংবা মচিল মনাও চামনি, মখোয় পুমনমক অসি মানা মানা তৌরকপা থবক্তা তমখিরবা. মীগী মাংনবা ভাক্তা ওইনা তৌই, মখোয়গী মিং লোইনা শুনা হায়রমদ্রে ॥৯২॥ মহারাজ! হিংচাবাশিংগী অংশদগী পোক্লবা দুঃশাসননচিংবা মচিল মনাও পুমনমক দুর্য্যোধনগী সংহায় ওইরমই। বৈশ্য নিংছোগী গর্ভদা ধৃতরাষ্ট্রগী মচা অমত্তু পোকখি, মাগী মমিংদি যুযুৎসু কৌই। মহাক অসি মচিন মনাও চামদগী হেনদোকপা অমনি ॥ ৯৩ ॥ জনমেজয়না হায়খি—

---

টীকা ঃ—ধৃতরাষ্ট্রগী মচা চাম ওইনা পোকখিবা, অমসুংদি অতুগী মখক মমিং মথংশিংনা বেদব্যাসনা হায়রমদ্রে হায়বা অর্থনি।

বৈশম্পায়ন উবাচ।

দুর্য্যোধনো যুযুৎসুশ্চ রাজন। দুঃশাসনস্তথা। দুঃসহো দুঃশলশ্চৈব দুর্ম্মুখশ্চ তথাপরঃ ॥৯৫॥

বিবিংশতির্বিকর্ণশ্চ জলসন্ধঃ সুলোচনঃ। বিন্দানুবিন্দৌ দুর্দ্ধর্ষঃ সুবাহুর্দুষ্প্রধর্ষণঃ ॥৯৬॥

দুর্ম্মর্ষণো দুর্ম্মুখশ্চ দুষ্কর্ণঃ কর্ণ এব চ। চিত্রোপচিত্রৌ চিত্রাক্ষশ্চারুচিত্রাঙ্গদশ্চ হ ॥ ৯৭ ॥

দুর্মদো দুষ্প্রহর্ষশ্চ বিবিৎসুর্বিকটঃ সমঃ। ঊর্ণনাভঃ পদ্মনাভস্তথা নন্দোপনন্দকৌ ॥৯৮॥

সেনাপতিঃ সুষেণশ্চ কুণ্ডোদরমহোদরৌ। চিত্রবাহুশ্চিত্রবর্ম্মা সুবর্ম্মা দুর্বিরোচনঃ ॥৯৯॥

অয়োবাহুর্মহাবাহুশ্চিত্রচাপসুকুণ্ডলৌ। ভীমবেগো ভীমবলো বলাকী ভীমবিক্রমঃ ॥১০০॥

উগ্রায়ুধো ভীমশরঃ কনকায়ুর্দৃঢ়ায়ুধঃ। দৃঢ়বর্ম্মা দৃঢ়ক্ষত্রঃ সোমকীর্ত্তিরনূদরঃ ॥১০১

জরাসন্ধো দৃঢ়সন্ধঃ সত্যসন্ধঃ সহস্রবাক্। উগ্রশ্রবা উগ্রসেনঃ ক্ষেমমূর্ত্তিস্তথৈব চ ॥ ১০২ ॥

অপরাজিতঃ পণ্ডিতকো বিশালাক্ষো দুরাধনঃ। দৃঢ়হস্তঃ সুহস্তশ্চ বাতবেগসুবর্চ্চসৌ ॥১০৩॥

আদিত্যকেতুর্বহ্বাশী নাগদত্তানুযায়িনৌ। নিষঙ্গী কবচী দণ্ডী দণ্ডধারো ধনুর্গ্রহঃ ॥১০৪॥

উগ্রো ভীমরথো বীরো বীরবাহুরলোলুপঃ। অভয়ো রৌদ্রকর্ম্মা চ তথা দৃঢ়রথশ্চয়ঃ ॥১০৫॥

অনাধৃষ্যঃ কুণ্ডভেদী বিরাবী দীর্ঘলোচনঃ। দীর্ঘবাহুর্মহাবাহুর্ব্যূঢ়োরুঃ কনকাঙ্গদঃ ॥১০৬॥

কুণ্ডজশ্চিত্রকশ্চৈব দুঃশলা চ শতাধিকা। বৈশ্যাপুত্রো যুযুৎসুশ্চ ধার্ত্তরাষ্ট্রঃ শতাধিকঃ ॥১০৭॥

---

মুনি! ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিং অহু অহল নহা খায়না অমুক্তা হায়থবিরকউ তাজগে ॥ ৯৪ ॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি—দুর্য্যোধন, যুযুৎসু, দুঃশাসন, দুঃসহ, দুঃশল, দুর্ম্মুখ, বিবিংশতি, বিকর্ণ, জলসন্ধ, সুলোচন, বিন্দ, অনুবিন্দ, দুর্দ্ধর্ষ, সুবাহু, দুষ্প্রধর্ষণ, দুর্ম্মর্ষণ, দুর্ম্মুখ, দুষ্কর্ণ, কর্ণ, চিত্র, উপচিত্র, চিত্রাক্ষ, চারুচিত্র, অঙ্গদ, দুর্ম্মদ, দুষ্প্রাহর্ষ, বিবিৎসু, বিকট, সম, ঊনাভ, পদ্মনাভ, নন্দ, উপনন্দ, সেনাপতি সুষেন, কুণ্ডোদর, মহোদর, চিত্রবাহু, চিত্রার্ম্ম, সুবর্ম্ম, দুর্বিরোচণ, অযোবাহু, মহাবাহু, চিত্রচাপ, সুকুণ্ডল, ভীমবেগ, ভীমবল, বলাকী, ভীমচিক্রম, উগ্রাযুধ, ভীমশর, কনকায়ু, দৃঢ়াযুধ, দৃঢ়বর্ম্মা, দৃঢ়ক্ষত্র, সোম কীর্ত্তি, অনুদর, জরাসন্ধ, ধৃঢসন্ধ, সত্যসন্ধ, সহস্রাবাক উগ্রাশ্রবা, উগ্রাসেন ক্ষেমমূর্ত্তি, অপরাজিত, পণ্ডিতক, বিশালাক্ষ, দুরাধন, দৃঢ়হস্ত, সুহস্ত, বাতবেগ, সুবর্চ্চ, অসিত্যকেতু, বহ্বাশী, নগদত্ত অনুথায়ী, নিষঙ্গী কবচী, দণ্ডী, দণ্ডধার, ধনুগ্রহ, উগ্র, ভীমরথ, বীর বীরবাহু, অলোলুপ, অভয়, রৌদ্রকর্ম্মা, দৃঢ়রথ, চয়, অনাধৃষ্য, কুণ্ডভেদী, বিরাবী, দীর্ঘলোচন, দীর্ঘবাহু, মহাবাহু, ব্যূঢ়োরু, কনকাঙ্গদ, কুণ্ডজ, অমসুং চিত্রক মখোয় অসিনি। দুঃশলা কৌবী কন্যা অতুনা মথক্তা হায়খি,বা চাম অমিদগী তোংঙানবনি, বৈশ্য নিংজোলগী গর্ভদা পোকপা যুযুৎসু হায়বদুসু চাম অমিদগী তোংঙান-বনি ॥৯৫—১০৭॥

---

টীকা:—মসিগী ভাবতি অভিমন্যুগী পুনসি অকরুবা অসি শোয়নবা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনবু মতম অয়াম্বদা মুংশৰক অমদি নারায়ণী তেজোলদা শাজিনখনি হায়বনি ॥

এতাদেকশতং রাজন্ ! কন্যা চৈকা প্রকীর্ত্তিতা। নামধেয়ানুপূর্ব্ব্যা চ জ্যেষ্ঠানুজ্যেষ্ঠতাং বিদুঃ ॥ ১০৮ ॥
সর্ব্বে ত্বতিরথাঃ শূরাঃ সর্ব্বে যুদ্ধবিশারদাঃ। সর্ব্বে বেদবিদশ্চৈব রাজন্ ! শাস্ত্রে চ পারগাঃ ॥১০৯॥
সর্ব্বে সংগ্রামবিদ্যাসু বিদ্যাভিজনশোভিনঃ। সর্ব্বেষামনুরূপাশ্চ কৃতা দারা মহীপতে ! ॥১১০॥
দুঃশলাং সময়ে রাজন্ ! সিন্ধুরাজায় কৌরবঃ। জয়দ্রথায় প্রদদৌ সৌবলানুমতে তদা ॥১১১॥
ধর্ম্মস্যাংশন্তু রাজানং বিদ্ধি রাজন্ ! যুধিষ্ঠিরম্। ভীমসেনন্তু বাতস্য দেবরাজস্য চার্জ্জুনম্ ॥১১২॥
অশ্বিনোস্তু তথৈবাংশৌ রূপেণাপ্রতিমৌ ভুবি। নকুলঃ সহদেবশ্চ সর্ব্বভূতমনোহরৌ ॥১১৩॥
যস্তু বর্চ্চা ইতি খ্যাতঃ সোমপুত্রঃ প্রতাপবান্। সোঽভিমন্যুর্বৃহৎকীর্ত্তিরর্জ্জুনস্য সুতোঽভবৎ ॥১১৪॥
যস্যাবতরণে রাজন্ ! সুরান্ সোমোঽব্রবীদিদম্। নাহং দদ্যাং প্রিয়ং পুত্রং মম প্রাণৈর্গরীয়সম্ ॥১১৫॥
সময়ঃ ক্রিয়তামেষ ন শক্যমতিবর্ত্তিতুম্। সুরকার্য্যং হি নঃ কার্য্যমসুরাণাং ক্ষিতৌ বধঃ ॥১১৬॥
তত্র যাস্যত্যয়ং বর্চ্চা ন চ স্থাস্যতি বৈ চিরম্। ঐন্দ্রির্নরস্তু ভবিতা যস্য নারায়ণঃ সখা ॥১১৭॥
সোঽর্জ্জুনেত্যভিবিখ্যাতঃ পাণ্ডোঃ পুত্রঃ প্রতাপবান্। তস্যায়ং ভবিতা পুত্রো বালো ভুবি মহারথঃ ॥১১৮॥

---

মহারাজ ! ধৃতরাষ্ট্রগী মচা চামগা মচানুপী অমগী মমিং মশীং লোইনা হায়জরবনি। ঐনা মথং মথং হায়জখিৱবা অতগী মতুং ইন্না অচন নহাসু অতুম মথংবিয় ॥১০৮॥ হায়রিবা পুন্নমক অসি অতিরথী কল্লবা অমদি লানগী থবক্তা জ্ঞান লৈরবমক্তনি, মখোয় পুন্নমক বেদ থংভি অমগা দণ্ডনীতিনাচিংবা শাস্ত্র পুন্নমকপু মুন্না হৈরবা মক্তনি ॥১০৯॥ যুদ্ধ শাস্ত্রদা পুক্নিং চংলবা মহৈ অমদি মিংচৎনা লৈতেংলবা মখোয় মক্তনি, মখোয় পুন্নমক মাগী মাগী মশক মতৌ মগুণগা মান্নরবা ভার্য্যা অমমম বিবাহ তৌতুনা লৌখি ॥১১০॥ মহারাজ ! ধৃতরাষ্ট্রনা শকুনিগী মত মতুংইন্না দুঃশলা কৌবা মচা নুপীবু সিন্ধু, লৈবাক্কী নিংথৌ জয়দ্রথগী মকমনা দান তৌখি ॥১১১॥ (তসোমদা যুধিষ্ঠীর নিংথৌনা ধর্ম্মগী অংশ পুতুনা, ভীম সেননা বায়ুগী অংশ পুতুনা অদুগা অর্জ্জুনা দেবরাজ ইন্দ্রগী অংশ পুতুনা পোকখি ॥১১২॥ নকুল সহদেব অনিনা অশ্বিনী কুমার অনিগী অংশনা পোক্তুনা চাংদমনিংঙাই লৈতনা ফজরবা মশক মতৌনা মী পুন্নমক্কী থমোইবু শুঙ্কাংখি ॥১১৩॥ বর্চ্চা কৌবা চন্দ্রগী মচা অদুনা ভূমণ্ডলদা লাক্তুনা 'অভিমন্যু' হায়না অর্জুনগী মচা ওইনা পোক্লকনা মশক মতৌ মপাঙ্গল অমদি মিংচৎতা খাইদগী অণোইবা ওইখি ॥১১৪॥)

মহারাজ ! মচা বর্চ্চাগা মর্ত্ত্যলোকতা চৎপদা মরমদা চন্দ্রনা দেবতা পুন্নমক্তা হায়খি—লাইযাম পুন্নমক ! থৱাইদগী হেন্না নুংশিজরবা ইচা বর্চ্চাবু মর্ত্ত্যলোকতা থাবসি ঐ পামজদে ॥১১৫॥ করিগুম্বা ময়ামনা মতম কল্লা, মতম থরগী দমক্তা থাবনি হায়না বাশকপিয়ু, লাইযাম্না নিংখিববুদি কনানা ককপা ঙমগনি ? মর্ত্ত্যলোকতা চৎলে হায়রগা তাইবংমীগী মশক লৌতুনা পোকখিৱবা অসুরশিং অসিবু হাৎপদি দেবতা ঐখোয় পুন্নমক্কী ইথৌনি ॥১১৬॥ মরম অদুনা বর্চ্চা অসি লোযদনদি চৎকনি, অদুগা মতম কুইনদি লৈবা য়ারোই। মহর্ষি নরনা ইন্দ্রগী মচা ওইতনা মর্ত্ত্যলোকতা অর্জ্জুন কৌতনা পোকলগনি ; নারায়ণ অমাগকা মহাক্কী মরূপ ওইনা লৈরক্লনি ॥১১৭॥ হায়রিবা বর্চ্চা অসিনা অর্জ্জুন

ততঃ ষোড়শ বর্ষাণি স্থাস্যত্যমরসত্তমাঃ। অস্য ষোড়শবর্ষস্য স সংগ্রামো ভবিষ্যতি ॥১১৯॥

অস্যাংশো বঃ করিষ্যন্তি কর্ম্ম বীরনিষূদনম্। নরনারায়ণাভ্যাস্তু স সংগ্রামো বিনা কৃতঃ ॥১২০॥

চক্রব্যূহং সমাস্থায় যোধয়িষ্যন্তি বঃ সুরাঃ। বিমুখান্ শাত্রবান্ সর্বান্ কারয়িষ্যতি মে সুতঃ ॥১২১॥

বালঃ প্রবিশ্য চ ব্যূহমভেদ্যং বিচরিষ্যতি। মহারথানাং বীরাণাং কদনঞ্চ করিষ্যতি ॥১২২॥

সর্বেষামেব শত্রূণাং চতুর্থাংশং নয়িষ্যতি। দিনার্দ্ধেন মহাবাহুঃ প্রেতরাজপুরং প্রতি ॥১২৩॥

ততো মহারথৈর্বীরৈঃ সমেত্য বহুশো রণে। দিনক্ষয়ে মহাবাহুর্ময়া ভূয়ঃ সমেষ্যতি ॥১২৪॥

একং বংশকরং পুত্রং বীরং বৈ জনয়িষ্যতি। প্রনষ্টং ভারতং বংশং স ভূয়ো ধারয়িষ্যতি ॥ ১২৫ ॥

এতৎ সোমবচঃ শ্রুত্বা তথাস্ত্বিতি দিবৌকসঃ। প্রত্যূচুঃ সহিতাঃ সর্বে তারাধিপমপূজয়ন্।

এবং তে কথিতং রাজন! তব জন্ম পিতুঃ পিতুঃ ॥১২৬॥

অগ্নের্ভাগন্তু বিদ্ধি ত্বং ধৃষ্টদ্যুম্নং মহারথম্। শিখণ্ডিনমথো রাজন! স্ত্রীপূর্বং বিদ্ধি রাক্ষসম্ ॥ ১২৭ ॥

দ্রৌপদেয়াশ্চ যে পঞ্চ বভূবুর্ভরতর্ষভ! বিশ্বান্ দেবগণান্ বিদ্ধি সঞ্জাতান্ ভরতর্ষভান্ ॥ ১২৮ ॥

প্রতিবিন্ধ্যঃ সুতসোমঃ শ্রুতকীর্ত্তিস্তথাপরঃ। নাকুলিস্তু শতানীকঃ শ্রুতসেনশ্চ বীর্য্যবান্ ॥১২৯॥

---

অদুগী মচা ওইনা পোক্লদুনা. অভাং ওইবিভেদগী হৌনা পৃথিবীগী মনুংদা ফাউরবা মপাঙ্গল কল্লবা মহারথি অমা ওইনা পোকনি ॥১১৮॥ অদুগী মতুংদা চহি তরাতকক লৈগনি; মানা চহি তরাতকক হেক শুরকপদা কুরুক্ষেত্রদা লাঞ্জাউ অমা পোক্কনি ॥১১৯॥ ময়াম পুন্নমক! লায়রিবা লাল অদুদা নখোয়গী অংশনা পোক্লবা ভীমসেননাচিংবনা য়েক্লবা পুন্নমকপু হাংলগনি, লাল অদুদা মতম অয়াম্বা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনিমক লৈবরোই ॥১২০॥

লাইয়াম পুন্নমক! য়েক্লবগী পক্ষনা চক্রব্যূহ শাদুনা মর্ত্ত্যলোকতা নখোইগা লোয়ননা অকনবা লান থেংনরগনি মতম অদুদা ঐগী ইচা বর্চ্চানা অভিমন্যু ওইদুনা য়েকনবা পুন্নমকপু মাইথিবা পিরগনি ॥১২১॥ অভাং ওইরবসু অভিমন্যুনা অতৈ অমনা থুগাইবা ভমযদ্রবা চক্রব্যূহগী মনুংদা চংদুনা অকনবা খিবিকপু মাইথিবা পিরগনি অমদি হাংকনি ॥১২২॥ হাযরিবা অবস্থা অসিদা য়ুথক অনিগী মনুংদা য়েক্লবগী লালমী শিংগী শরক মরি থোকপগী শরক হুমা হমাংনদা থারগনি ॥১২৩॥ অদুগী মতুংদা কল্লবা মহারথিশিংবু হচা হন্না মাইথিবা পিদুনা কন্না শোকনরমলগা নুমিৎ হেক তারকপদা অমুক হন্না ঐগী ইফমদা থিন্নরগনি ॥১২৪॥ মহাকনা পাণ্ডু শাগেগী মরিতন্তনবা অকনবা মচা অমা থকগনি; মচা অদুনা মুথরল্লবা ভারত বংসবু ভাকলগনি ॥১২৫॥ চন্দ্রমাগী ৱা অসি তাবদা দেওতাশিংনা খিক্লা "যরে অদুমক ওইরসনু" অসুম হায়দুনা চন্দ্রবু ইকাইখুম্নবিখি। মহারাজ! মহারথী ধৃষ্টদ্যুম্ননা অগ্নিগী অংশ পুংনা পোকখি অদুগী মতুংদা শিখণ্ডীনা হিংচাবগী অংশ পুংনা অহানবদা নুপি ওইনা পোকলগা মতুংদা নিপা ওইনা পোকখি ॥১২৭॥ বিশ্বদেবগী অংশদগী দ্রৌপদীগী গর্ভদা মচা মঙা পোক্লখি ॥১২৮॥

দ্রৌপদীগী গর্ভদা যুধিষ্ঠিরগী প্রতিবিন্ধ্য কৌবা, ভীমগী সুতসোম কৌবা, অর্জ্জুনগী শ্রুতকীর্ত্তিঃ

শূরো নাম যদুশ্রেষ্ঠো বসুদেবপিতাঽভবৎ। তস্য কন্যা পৃথা নাম রূপেণাসদৃশী ভুবি ॥ ১৩০ ॥
পিতুঃ স্বস্রীয়পুত্ৰায় সোঽনপত্যায় বীর্য্যবান্। অগ্রমগ্রে প্রতিজ্ঞায় স্বস্যাপত্যস্য বৈ তদা ॥১৩১॥
অগ্রজাতেতি তাং কন্যাং শূরোঽনুগ্রহকাঙ্ক্ষয়া। অদদৎ কুন্তিভোজায় স তাং দুহিতরং তদা ॥১৩২॥
সা নিযুক্তা পিতুর্গেহে ব্রাহ্মণাতিথিপূজনে। উগ্রং পর্য্যচরদ্ ঘোরং ব্রাহ্মণং সংশিতব্রতম্ ॥১৩৩॥
নিগূঢনিশ্চয়ং ধর্ম্মে যং তং দুর্ব্বাসসং বিদুঃ। তমুগ্রং সংশিতাত্মানং সর্ব্বযত্নৈরতোষয়ৎ ॥১৩৪॥
তুষ্টোঽভিচারসংযুক্তমাচচক্ষ যথাবিধি। উবাচ চৈনাং ভগবান্ প্রীতোঽস্মি সুভগে!
যং যং দেবং ত্বমেতেন মন্ত্রেণাবাহয়িষ্যসি। তস্য তস্য প্রসাদাত্ত্বং দেবি! পুত্রান্ জনিষ্যসি ॥১৩৬॥
এবমুক্তা চ সা বালা তদা কৌতূহলান্বিতা। কন্যা সতী দেবমর্কমাজুহাব যশস্বিনী ॥১৩৭॥
প্রকাশকর্ত্তা ভগবান্ তস্যাং গর্ভং দধৌ তদা। অজীজনৎ সুতঞ্চাস্যাং সর্ব্বশস্ত্রভৃতাং বরম্ ॥১৩৮॥
সকুণ্ডলং সকবচং দেবগর্ভং শ্রিয়ান্বিতম্। দিবাকরসমং দীপ্ত্যা চারুসর্ব্বাঙ্গভূষিতম্ ॥১৩৯॥

---

নকুলগী শতানীক কৌবা অমসুং সহদেবগী শ্রুতসেন কৌবা মচা মঙা পোকখি ॥১২৯॥

যদু বংশদা শূর হায়বতুনা বসুদেবগী মপা ওইখি, মাগী মচানুপী পৃথা হায়বী অম লৈরম্মি, মহাক অসি পৃথিবীদা পান্দমনীংঙাই লৈতনা ফজবী নুপী অমা ওইরম্মি ॥১৩০॥ শূরনা মাগী মচল অপীনা পোকপা, মচা লৈজদবা কুন্তিভোজদা ইহান হাপ্পা পোকপা মচা নিপা ওইরবসু নুপী ওইরবসু মঙোন্দা পীগনি হায়না হায়নখিবনা ইহান হাপ্পা পোকপী মচা নুপী পৃথা কৌবীয়ু কুন্তিভোজদা পীখি ॥১৩১—১৩২॥ কুন্তিভোজনা মচানুপী কন্যা অমা যংজবাসিদা য়াম্না হুঙাইখি, মহাক্না মচানুপিবু মতম অযাম্বদা ব্রাহ্মণ অতিথিনচিংবগী সেবাগী থবক্তা থোদা পীরম্মি। নোংমা কুন্তি (পৃথা) না ইন্দ্রিয় থুনম চল্লবা, ব্রতকল্লব, শাওগল্লবা ব্রাহ্মণ অমগী অতিথি সেবা তৌখি ॥১৩৩॥ ব্রাহ্মন অসি ধর্ম্ম তত্ত্ববু য়াম্না কূপ্না খংলবা ঋষি অমনি, মহাকপু মীনা দুর্ব্বাসা হায়না খংনৈ। শাওগল্লবা, মপুকচেল চাওরবা ব্রাহ্মণ অসিবু হেক ভুম্বা সেবানা য়ামনা পেলহনখি ॥১৩৪॥ পেল্লবা ব্রাহ্মণ মুনি অসিনা কুন্তিদা বিধি কাযদনা বশীকরণ আকর্ষণ নচিংবগী মন্ত্রবু তম্বিখি, অমদি হায়খি — ইবেম্মা! অংনা তৌবা সেবাসীদা ঐ য়ামনা পেল্লে। ঐনা পীরিবা মন্ত্র অসিনা নংনা কৌনিং কৌনিংবা দেবতাশিংবু কৌবা ঙমগনি; অদুগা দেবতাশিংদুগী থৌজান্দগী লাই শুম্বনচা ফংজগনি ॥১৩৫—১৩৬॥

দুর্ব্বাসাগী বর অসি ফংলদুনা কুন্তীনা কুমারীগী অবস্থাদা লৈরিঙৈদা মন্ত্র অদুবু চন্থ্রা চুমদরা হায়বা খংনীংমনথ্রদুনা মোংম সূর্য্যদেববু মন্ত্র অদুনা কৌখি ॥১৩৭॥ সূর্য্যদেব লাক্লে, থুদক্তা কুন্তী অসি কুমারীগী অবস্থাদা গর্ভ পুখি; অদুগী মতুংদা মতম চানা মচা অমা পোকখি; হেক পোকপদা অঙাং অসি মনাকোংদা কুণ্ডল লাইরা অমদি থমাদা ককপা য়াগ্রবা কবচনা লৈতেংঙি; অঙাং অসি স্বর্গগী দেবতাগী মচাগুম নীংথিজে, শ্রীনিংনবী মতৌগুম ঙাল্লি। পুক্রিং চুমমবগী মশক ওইরবা থোং-থুৎ-থুৎশানচিংবনা য়াম্না লৈতেং ওইরম্মি। মতুংদা খুঙ্গাই শাস্ত্রাশিংগী মন্থুংদা খুাইদগী অথোইবা মহারথী অমা ওইখি ॥১৩৯॥

নিগূহমানা জাতং বৈ বন্ধুপক্ষভয়াত্তদা। উৎসসর্জ্জ জলে কুন্তী তং কুমারং যশস্বিনম্ ॥১৪০॥
তমুৎসৃষ্টং জলে গর্ভং রাধাভর্ত্তা মহাযশাঃ। রাধায়াঃ কল্পয়ামাস পুত্রং সোঽধিরথস্তদা ॥১৪১॥
চক্রতুর্নামধেয়ঞ্চ তস্য বালস্য তাবুভৌ। দম্পতী বসুষেণেতি দিক্ষু সর্ব্বাসু বিশ্রুতম্ ॥১৪২॥
সংবর্দ্ধমানো বলবান্ সর্ব্বাস্ত্রেষূদ্যতোঽভবৎ। বেদাঙ্গানি চ সর্ব্বাণি জজাপ জয়তাং বরঃ ॥১৪৩॥
যস্মিন্ কালে জপন্নাস্তে ধীমান্ সত্যপরাক্রমঃ। নাদেয়ং ব্রাহ্মণেষ্বাসীত্তস্মিন্ কালে মহাত্মনঃ ॥১৪৪॥
তমিন্দ্রো ব্রাহ্মণো ভূত্বা পুত্রার্থে ভূতভাবনঃ। যযাচে কুণ্ডলে বীরং কবচঞ্চ সহাঙ্গজম্ ॥১৪৫॥
উৎকৃত্য কর্ণো হ্যদদৎ কবচং কুণ্ডলে তথা। শক্তিং শক্রো দদৌ তস্মৈ বিস্মিতশ্চেদমব্রবীৎ ॥১৪৬॥
দেবাসুরমনুষ্যাণাং গন্ধর্ব্বোরগরক্ষসাম্। যস্মিন্ ক্ষেপ্স্যসি দুর্দ্ধর্ষ! স একো ন ভবিষ্যতি ॥১৪৭॥
পুরা নাম চ তস্যাসীদ্বসুষেণ ইতি ক্ষিতৌ। ততো বৈকর্ত্তনঃ কর্ণ কর্ম্মণা তেন সোঽভবৎ ॥১৪৮॥
আমুক্তকবচো বীরো যস্তু জজ্ঞে মহাযশাঃ। স কর্ণ ইতি বিখ্যাতঃ পৃথায়াঃ প্রথমঃ সুতঃ ॥১৪৯॥

—১৩৯॥ কুন্তীনা মমা-মপাবু কিবনা অমদি হুকাইবনা অঙাং অসিবু পাত্র অমদা হাপ্লগা ঈশিংদা তাওথহনখি ॥১৪০॥ অদুদগী, রাধা কৌবীগী মপুরোইবা অধিরথনা ঈশিংদা তাওথরক্লিবা অঙাং অদুবু লৌখত্তুনা রাধামক্না পোকপা মচাণ্ডম য়োকখি ॥১৪১॥ মখোয় অনি তিন্নদুনা অঙাং অসিগী মমিং বসুষেন অসুম হাযনা থোল্লে; মিং অসি মাইগে মরিদা শিঙ্খুংনা তানখি ॥১৪২॥ চাওরক্লবা কালদা অঙাং অসি মপাঙ্গল কল্লবা নিপা অমা ওইখি; খুৎশু-খুৎলাই-পূম্বা লোইনা হৈখি; বেদশাস্ত্র লোইনা তমখি; কোঙ্গংদা জগত্তা ফাওরবা লাল ডমগল্লবা মহারথী অমা ওইখি ॥১৪৩॥ বুদ্ধি লৈরবা, মথৌনা মপাঙ্গল লৈরবা, বসুষেন হায়বসিনা মন্ত্র-পাঠ অমদি জপনচিংবা তৌরিবৈদা লাকপা ব্রাহ্মণগী মফমদা মাগী পীবা য়াদবা ডমদবা পোৎ অমত লৈরমদে ॥১৪৪॥ নোংম ইন্দ্রনা ব্রাহ্মণগী মশক শাদুনা অর্জ্জুনগী দমক্তা থোইদোক্না কল্লবা বসুষেনগী মফমদগী মহাক্কী পোকপদা য়াওরক্লবা কুণ্ডল নাইন অনিদুগা কবচ অদুগা নিখি ॥১৪৫॥ মতম অদুদা কর্ণনা (বসুষেন) মশাদগী কবচ অদুবু কক্কুনা লৌথোক্লগা অদুগা কুণ্ডল নাইন অনিদুগা লৌথোকতুনা ব্রাহ্মণ মশক শাদুনা লাকলিবা ইন্দ্রদা দান তৌখি। মাদুদা ইন্দ্রনা ঙকখ্রদুনা কর্ণদা শক্তি (তা) অমা পী, অদুগা হায়খি ॥১৪৬॥

লাকওম ফাওমদনা কল্লবা। লাই থংদে, মী থংদে, গন্ধর্ব্ব অমদি নাগ থংদে, এনাপীরিবা খুৎলাই অসিনা থারবা অদো শোয়দনা শিগদবনি ॥১৪৭॥ কবচগা কুণ্ডল নাইনগা অনি অদু ইন্দ্রদা পীত্রিবৈগী মমাংদা কুন্তীগী মচা অসিগী মমিং বসুষেণ হায়না কৌরম্মি। কবচগা কুণ্ডলগা মশাদগী ককথত্তুনা লৌথোক্তুনা মীত্তোন্দা পীথোকখিবা মুমিৎ অদুদগী বসুষেন অসি বৈকর্ত্তন অমদি কর্ণ অসুম হায়না থংনখি, ফাওখি ॥১৪৮॥

টীকা :— "বিকর্ত্তণ"-হায়বদি ককথৎপা হায়বনি। শব্দ অসিদগী "বৈকর্ত্তণ" থোকখিবনি। পোকপদগী কর্ণদা হায়বদি মনাকোংদা য়াল্লকলিবা কুণ্ডলবু মীত্তোক্না পীখিবা মুমিৎ অদুদগী "কর্ণ" হায়না অসুম থংনদ্রে।

স তু সূতকুলে বীরো ববৃধে রাজসত্তম্ ।  কর্ণং নরবরশ্রেষ্ঠং সর্বশস্ত্রভৃতাং বরম্ ॥১৫০॥
দুর্য্যোধনস্য সচিবং মিত্রং শত্রুবিনাশনম্ ।  দিবাকরস্য তং বিদ্ধি রাজন্নংশমনুত্তমম্ ॥১৫১॥
যস্তু নারায়ণো নাম দেবদেবঃ সনাতনঃ ।  তস্যাংশো মানুষেষ্বাসীদ্বাসুদেবঃ প্রতাপবান্ ॥১৫২॥
শেষস্যাংশশ্চ নাগস্য বলদেবো মহাবলঃ ।  সনৎকুমারং প্রদ্যুম্নং বিদ্ধি রাজন্! মহৌজসম্ ॥ ১৫৩॥
এবমন্যে মনুষ্যেন্দ্রা বহবোঽংশা দিবৌকসাম্ ।  জজ্ঞিরে বসুদেবস্য কুলে কুলবিবর্দ্ধনাঃ ॥১৫৪॥
গণস্ত্বপ্সরসাং যো বৈ ময়া রাজন্! প্রকীর্ত্তিতঃ ।  তস্য ভাগঃ ক্ষিতৌ জজ্ঞে নিয়োগাদ্বাসবস্য হ ॥১৫৫॥
তানি ষোড়শ দেবীনাং সহস্রাণি নরাধিপ! ।  বভূবুর্মানুষে লোকে বাসুদেবপরিগ্রহাঃ ॥১৫৬॥
শ্রিয়স্তু ভাগঃ সংজজ্ঞে রত্যর্থং পৃথিবীতলে ।  ভীষ্মকস্য কুলে সাধ্বী রুক্মিণী নাম নামতঃ ॥১৫৭॥
দ্রৌপদী ত্বথ সংজজ্ঞে শচীভাগাদনিন্দিতা ।  দ্রুপদস্য কুলে কন্যা বেদিমধ্যাদনিন্দিতা ॥১৫৮॥

---

বসুষেননা পোকপদগী লোইনরক্পা কবচ অসি লীত্তুনা লানদা অকনবা উত্তুনা জগত্তা মথিং চৎখিবনি; অদুবু কবচ অদু মশাদগী ককৃথত্তুনা মীভোন্দা দান তৌখিবা অদগী বৈকর্ত্তন কর্ণ অসুম্র হায়না জগৎতা ফাওখি ॥১৪৯॥ মহারাজ! কল্লবা কর্ণ অসি অধিরথগী য়ুমদা চাওখিবনি সূর্য্যবংসদা সূর্য্যমককী মচা মীগী মনুংদা, অকনবা অথোইবা খুৎলাই পাইবগী মনুংদা অথোইবা অমদি য়েকনবা ভন্মা অম ওইনা পোকখিব কর্ণ অসি দুর্য্যোধনগী মন্ত্রী অমদি মব্রুপ ওইখি ॥১৫০-১৫১॥ মহাকপু সনাতন নি হায়বদি পোবপা শিবা লৈতবা মতমলৈবাখিবিক্তা লৈবা অমদি দেবতা পুমনমককীসু দেবতানি হায়না খংনরি (শ্রীনারায়নমক্তা মর্ত্তলোকতা কুমথরকত্তুনা মতিক মগুন লৈরবা জগৎ পুম্বা পুজা তৌননবগী মশক ওইরবা কৃষ্ণ ওইনা পোকখি ॥১৫২॥ বলরামনা অনন্ত শেষ নাগগী অংসনি, প্রদ্যুমননা সনৎকুমারগী অংশনি হায়না খংবিগদবনি, ॥১৫৩॥ মতৌ অসুমনা দেবতা অয়াম্বনা মাগী মাগী অংশনা বসুদেবগী বংশদা গদ সারন মী অথোইবা কয়া ওইনা পোকখি ॥১৫৪॥ মহারাজ! এনা মহারাজগী মফমদা অপ্সরাশিংগী ব্বা খরা হায়জখে, মখোই অদুসু ইন্দ্রগী য়াথং মতুং ইন্না পৃথিবী অসিদা লাকত্তুনা মাগী মাগী অংশদা পোকখি ॥১৫৫॥

(( অপসরাশিং অসিনা মর্ত্ত্য লোকতা লাক্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী লোয়নবী লিশিং তরাতরুক ওইনা পোকখি ॥১৫৬॥ অদুগা লক্ষ্মী দেবীনা মাগী অংশ অমনা পৃথিবী অসিদা লাক্তুনা ভীষ্ম নিংথৌগী মচানুপী ওইনা রুক্মিণী হায়না কৌড়ুনা কৃষ্ণগী পেম্মনবগী দমক(কৃষ্ণ)খুাইদগী অথোইবী লোয়ানবী ওইনা পোকখি) ॥১৫৭॥ দ্রৌপদীনা শচীদেবীগী অংশ অমা পুত্তুনা মর্ত্ত্য লোকতা দ্রুপদগী নচানুপী ওইনা যজ্ঞ বেদিদগী পোকখি; দ্রৌপদী হায়বীসি রামনা হেমমনু ব্রাদে; হেমমনু নেমদে থম্বাল অংবগী মনম নম্মি; মমিৎ অদু থম্বাল মনাগী মতৌঙম কক্লৈ, লাওই; নীংত্তু অনিনা পুকনিং ক্কুনমবগী মশকনি; হুংশা শোরগী হুংশিংনা মুবরা শাংলয়া শমগী শকুম কয়া হায়না হুমন নীংথিজৈ। শুভ মঙ্গল ওইবা হকচাংগী পুনম পুত্তুনা লৈরেংবি, কুডুনা বৈদুর্য্য মণিগী মতৌঙম শংবাঙ্গৈ অমদি তনৌ তনৌই অদুম মক্তুনা মর্থকুনা অমনা অমম্বু খংজদনা অপুনবাইবা মঙ্গাগী থম্মোইবু অথোই অহেন নাইদনা ঊথক হৌজম্মি ॥১৫৮

নাতিহ্রস্বা ন মহতী নীলোৎপলসুগন্ধিনী। পদ্মায়তাক্ষী সুশ্রোণী অসিতাঞ্চিতমূর্দ্ধজা ॥১৫৯॥

সর্বলক্ষণসম্পন্না বৈদূর্য্যমণিসন্নিভা। পঞ্চানাং পুরুষেন্দ্রাণাং চিত্তপ্রমথনী রহঃ ॥১৬০॥

সিদ্ধির্ধৃতিশ্চ যে দেব্যৌ পঞ্চানাং মাতরৌ তু তে। কুন্তী মাদ্রী চ জজ্ঞাতে মতিস্তু সুবলাত্মজা ॥১৬১॥

ইতি দেবাসুরাণাং তে গন্ধর্বাপ্সরসাং তথা। অংশাবতরণং রাজন্! রাক্ষসানাঞ্চ কীর্ত্তিতম্ ॥১৬২॥

যে পৃথিব্যাং সমুদ্ভূতা রাজানো যুদ্ধদুর্মদাঃ। মহাত্মানো যদূনাঞ্চ যে জাতা বিপুলে কুলে ॥১৬৩॥

যে চ যস্মিন্ কুলে জাতা ব্রাহ্মণাঃ ভূরিতেজসঃ। ব্রাহ্মণাঃ ক্ষত্রিয়া বৈশ্যা ময়া তে পরিকীর্ত্তিতাঃ ॥১৬৪॥

ধন্যং যশস্যং পুত্রীয়মায়ুষ্যং বিজয়াবহম্। ইদমংশাবতরণং শ্রোতব্যমনসূয়তা ॥১৬৫॥

অংশাবতরণং শ্রুত্বা দেবগন্ধর্বরক্ষসাম্। প্রভবাপ্যয়বিৎ প্রাজ্ঞো ন কৃচ্ছ্রেষ্ববসীদতি ॥১৬৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি সম্ভবে
অংশাবতরণং নাম ত্রিষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

——:*:——

—১৬০॥ সিদ্ধি ধৃতি কৌবী স্বর্গগী দেবী অনিনা মর্ত্তলোক্তা কুন্তী মাদ্রী কৌদুনা পঞ্চ-পাণ্ডবকা মমা ওইনা পোকখি; মতি কৌবী দেবীনা গন্ধারী ওইনা পোকখি ॥১৬১॥ মহারাজ! ঐনা মহারাজগী মফমদা দেবতা, অসুর, গন্ধর্ব, অপ্সরা অমদি হিংচাবাশিংনা মর্ত্তলোক্তা লাকতুনা মশক মমিং তোঙাল তোঙান্না পোকখিবগী ৱারী লীজববনি ॥১৬২॥ লালফমদা লাকওম-ফাওমত্রবা, পৃথিবীদা পোকখিবা নিংথৌশিংগী; পাক চাওরবা যদুবংশদা পোকখিবা মহাত্মাশিংগী; থুককল পাঙলবা অদুম অদুম ওইবা নিংথৌশিংনা অদুম অদুমগুম্বা বংশদা পোকখিবা অমদি নখোয়গী ব্রাহ্মণ-ক্ষত্রিয় অমদি বৈশ্যগী বিষয় পুম্নমক লোইনা লীজরবনি ॥১৬৩—১৬৪॥ অসুম ওইবা অংশাবতরণগী ৱারী অসি তারগা অতানাশিং অদুগী মঙ্গল ওই, পুনশি শাংডি অমসুং জয় ওইবা ফংডি। মরম অদুনা অতোপ্পগী দোষ থক থিদনা মতাং অসিবু পুক্লিং চংনা তাগদবনি ॥১৬৫॥ অশিংবা মীশিংনা দেবতা, গন্ধর্ব অমদি রাক্ষস-শিংগী অংশবতরণ কৌবা মতাং অসিবু তারগা অসুরশিংগী মতৌগুম্বা মশা মশাগী চাওখৎলম্বা অমদি হুম্মরকপা অবস্থাদা মথোয়গুম্বনি খন্দুনা, অৱাবা থুদোংথীবা মতমদা পুক্লিং ফাজিনবা ঙম্মি ॥১৬৬॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারততা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা
অমদি পর্ববদা সম্ভদা অংশাবতরণ কৌবা হুম্ফুনিথোই শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

——:*:——

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব—সম্ভবে যযাত্যুপাখ্যানে

(হুম্ফুহুমদোইশুবা অধ্যায়)

——:(✿:❀:✿):——

জনমেজয় উবাচ।

শ্রুতস্তঃ শ্রুতমিদং ব্রহ্মন্! দেবদানবরক্ষসাম্। অংশাবতরণং সম্যগ্ গন্ধর্বাপ্সরসাং তথা ॥১॥

ইমন্তু ভূয় ইচ্ছামি কুরূণাং বংশমাদিতঃ। কথ্যমানং ত্বয়া বিপ্র! বিপ্রর্ষিগণসন্নিধৌ ॥২॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

ধর্ম্মার্থকামসহিতং রাজর্ষীণাং প্রকীর্ত্তিতম্। পবিত্রং কীর্ত্ত্যমানং মে নিবোধেদং মনীষিণাম্ ॥৩॥

প্রজাপতেস্তু দক্ষস্য মানোর্বৈবস্বতস্য চ। ভরতস্য কুরোঃ পূরোরাজমীঢ়স্য চানঘ! ॥৪॥

যাদবানামিমং বংশং কৌরবাণাঞ্চ সর্বশঃ। তথৈব ভরতানাঞ্চ পুণ্যং স্বস্ত্যয়নং মহৎ ॥৫॥

ধন্যং যশস্যমায়ুষ্যং কীর্ত্তয়িষ্যামি তেঽনঘ! তেজোভিরুদিতাঃ সর্বে মহর্ষিসমতেজসঃ ॥৬॥

দশ প্রাচেতসঃ পুত্রাঃ সন্তঃ পুণ্যজনাঃ স্মৃতাঃ। মুখজেনাগ্নিনা যে তে পূর্ব্বং দগ্ধা মহৌজসঃ ॥৭॥

---

জনমেজয়না হায়খি — হে মহর্ষি বৈসম্পায়ন! দেব, দানব, রাক্ষস, গন্ধর্ব্ব অমদি অপ্সরানচিংবগী মথং মথং পোক্লকপগী ৱারী মহর্ষিগী মফমদগী তাজরে ॥১॥ ঐনা হৌজিক অমুক পামজরিবদি লৈরীবা ব্রহ্মর্ষিশিং অসিগী মমাংদা কুরু বংশগী ৱারী অহু মকোক্তগী য়াম্না শন্দোক্না অমুকতা লীবিয়ু ॥২॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি — মহারাজ! জ্ঞানী ওইরবা রাজর্ষিশিং অদুগী মপুন্‌শিগী ৱারীদা ধর্ম্ম, অর্থ, কামগী বিষয়না থন্না য়াওরিবনি; অহুনা ৱারীশিং অসি থোইদোক্না শেংলবনি, মরম অতুনা মহর্ষি ব্যাসনা ঐভোন্দা তম্বিবা লীবিবা অতুগা চপ মান্নবা ময়ামগী মমাংদা অমুক লীজগে, তাবিয়ু ॥৩॥ দক্ষপ্রজাপতি, বৈবস্বত মনু, ভরত, কুরু, পূরু, অজমীঢ় যাদব অমদি কৌরব হায়রিবাশিং অসিগী বংশাবলীগী ৱারীশিং অসি য়াম্না পুন্যচেন্নবা, মঙ্গল পীনরবা লম্ত্ম, পুনশি অমঙ্গুং মিংচৎ পীননবগী মশক ওইরবা ভাক্তনি। করিনা হায়ববু হায়রিবশিং অসি ক্ষত্রিয়গী শক্তিনা তিন্নবা, মহর্ষিশিংগা চপ মান্নরবা, অমদি য়াম্না খুঙ্গল পান্নরবা নিংথৌমক্তা ওইখি; মরম অহনা ঐনা মহারাজগী মাংদা পুমনমক অসিগী বংশগী ৱারীশিং অহু মথং শিংনা লীথজরক্কে তাবিয়ু ॥৪—৬॥ অহানবদা ব্রহ্মাগী মচা অরা পোকই, মথোয় অহু রাক্ষস ভাক্তা ওইনা ভোই। অরমা ব্রহ্মানা মথোয়বু মচিন্দগী কামথোরকপা মৈনা লোইনা চাকথেকহনখি ॥৭॥ অদুগী মতুংদা ব্রহ্মাগী পুক্লোনবীদগী দক্ষ পোকখি, দক্ষগী অঙ্গুকয়াম্বা মীরোলশিং অসি মথং মথং পোক্লিবনি, ব্রহ্মাবু লোকপিতামহ কৌনরিবসিনি ॥৮॥ ব্রহ্মাগী মচা দক্ষগী বীরিনীগী গর্ভদা মহাক অমা ক্লেক মানব মচা অপাবা ভিন্দিং অমা পোকখি ॥৯॥

তেভ্যঃ প্রাচেতসো জজ্ঞে দক্ষো দক্ষাদিমাঃ প্রজাঃ। সম্ভূতাঃ পুরুষব্যাঘ্র! স হি লোকপিতামহঃ ॥৮॥
বীরিণ্যা সহ সঙ্গম্য দক্ষঃ প্রাচেতসো মুনিঃ। আত্মতুল্যানজনয়ৎ সহস্রং সংশিতব্রতান্ ॥৯॥
সহস্রসংখ্যান্ সম্ভূতান্ দক্ষপুত্রাংশ্চ নারদঃ। মোক্ষমধ্যাপয়ামাস সাংখ্যজ্ঞানমনুত্তমম্ ॥১০॥
ততঃ পঞ্চাশতং কন্যাঃ পুত্রিকা অভিসন্দধে। প্রজাপতিঃ প্রজা দক্ষঃ সিসৃক্ষুর্জনমেজয়! ॥১১॥
দদৌ দশ স ধর্ম্মায় কশ্যপায় ত্রয়োদশ। কালস্য নয়নে যুক্তাঃ সপ্তবিংশতিমিন্দবে ॥১২॥
ত্রয়োদশানাং পত্নীনাং যা তু দাক্ষায়ণী বরা। মারীচঃ কশ্যপস্তস্যামাদিত্যান্ সমজীজনৎ ॥১৩॥
ইন্দ্রাদীন্ বীর্য্যসম্পন্নান্ বিবস্বন্তমথাপি চ। বিবস্বতঃ সুতো জজ্ঞে যমো বৈবস্বতঃ প্রভুঃ ॥১৪॥
মার্ত্তণ্ডস্য যমী চাপি সুতা রাজন্নজায়ত। মার্ত্তণ্ডস্য মনুর্ধীমানজায়ত সুতঃ প্রভুঃ ॥১৫॥
ধর্ম্মাত্মা স মনুর্ধীমান যত্র বংশঃ প্রতিষ্ঠিতঃ। মনোর্বংশো মানবানাং ততোঽয়ং প্রথিতোঽভবৎ ॥১৬॥
ব্রহ্মক্ষত্রাদয়স্তস্মান্মনোর্জাতাস্তু মানবাঃ। ততোঽভবন্মহারাজ! ব্রহ্ম ক্ষত্রেণ সঙ্গতম্ ॥১৭॥
ব্রাহ্মণা মানবাস্তেষাং সাঙ্গং বেদমধারয়ন্। বেণং ধৃষ্ণুং নরিষ্যন্তং নাভাগেক্ষ্বাকুমেব চ ॥১৮॥
কারূষমথ শর্য্যাতিং তথা চৈবাষ্টমীমিলাম। পৃষধ্রং নবমং প্রাহুঃ ক্ষত্রধর্ম্মপরায়ণম্।
নাভাগারিষ্টদশমান্ মনোঃ পুত্রান্ প্রচক্ষতে ॥১৯॥
পঞ্চাশত্তু মনোঃ পুত্রাস্তথৈবান্যেঽভবন ক্ষিতৌ। অন্যোন্যভেদাত্তে সর্বে বিনেশুরিতি নঃ শ্রুতম্ ॥২০॥
পুরূরবাস্ততো বিদ্বানিলায়াং সমপদ্যত। সা বৈ তস্যাভবন্মাতা পিতা চৈবেতি নঃ শ্রুতম্ ॥২১॥

---

নারদনা দক্ষগী মচা লিশিং অমদুদা সংসারদগী লান্নবা উপায় ওইবা সাংখ্যশাস্ত্রগী জ্ঞান তাকখি।১০॥ মহারাজ! অদুগী মতুংদা দক্ষ প্রজাপতিনা লোক পুম্নমক শেমগে হায়বগীদমক মচানুপী য়াংখৈবু মচানুপী-শিংনা পোকপা মচাগুম থনখি অমদি ওইহনখি ॥১১॥ দক্ষনা মচানুপীশিং অদুগী মতুংদা তরানা ধর্ম্মদা, তরাহুমদোইনা কশ্যপতা অদুগা কুনতরেৎপুনা মতমগী মথা পোনবনা চন্দ্রমাদা দান তৌখি ॥১২॥ হায়রিবা তরাহুমদোই অসিগী মতুংদা থাইদগী অহন অদিতিগী গর্ভদা কশ্যপ, ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিং অমদি সূর্য্যদেব পোকখি। মপাঙ্গল চাওরবা যমনা সূর্য্যগী মচা ওইনা পোকখি ॥১৩—১৪॥ মহারাজ! সূর্য্যগী যমুনা কৌবী মচা নুপী অমগা মনু কৌবা নিপা অমগা পোকখি; মখোয় অনিগী মতুংদা মনুনা মতিক মগুণদা থোইদোক্লা হেল্লি ॥১৫॥ ধর্ম্ম চেন্নবা শিংলবা মনুগী মফমদা ব্রহ্মানা তাইবং মীগী বংশ শন্দোক্লবগী ভার অসি শিন্নখি। মরম অদুনা মীওইববু মানব হায়বদি মনুগী বংশনি হায়না খাওখিরবনি ॥১৬॥ ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়নচিংবা পুম্নমক মনুদগী পোকখরকপনি হায়দুনা মানব হায়না খংনরিবসিনি। মখোয়গী মতুংদা ব্রাহ্মণনা ক্ষত্রিয়শিংগা তিন্নখি ॥১৭॥ ব্রাহ্মণশিংনা অঙ্গগা লোয়নরবা বেদ তমখি; বেণ, ধৃষ্ণু, নরিষ্যন্ত, নাভাগ, ইক্ষ্বাকু, কারূষ, শর্য্যাতি, ইলা, পৃষধ্র অমদি নাভাগারিষ্ট হায়রিবা মনুগী মচা তরা অমনা ক্ষত্রিয়গী ধর্ম্মদা পুক্নিং চংখি। ১৮—১৯॥

মনুগী মচা য়াংখৈ অমগা অমুক পোকখি; মখোয় অদুদি অমগা অমগা য়েংথীনদুনা মাংই মাংই হাৎনখি, শিনখি হায়না তায় ॥২০॥ অদুগী মতুংদা, ইলাগী গর্ভদা পুরূরবা কৌবা মচা অমা

ত্রয়োদশ সমুদ্রস্য দ্বীপানশ্নন্ পুরূরবাঃ। অমানুষৈর্বৃতঃ সত্ত্বৈর্মানুষঃ সন্ মহাযশাঃ ॥২২॥
বিপ্রৈঃ স বিগ্রহং চক্রে বীর্য্যোন্মত্তঃ পুরূরবাঃ। জহার চ স বিপ্রাণাং রত্নান্যুৎক্রোশতামপি ॥২৩॥
সনৎকুমারস্তং রাজন্! ব্রহ্মলোকাদুপেত্য হ। অনুদর্শং ততশ্চক্রে প্রত্যগৃহ্নান্ন চাপ্যসৌ ॥২৪॥
ততো মহর্ষিভিঃ ক্রুদ্ধৈঃ সদ্যঃ শপ্তো ব্যনশ্যত। লোভান্বিতো বলমদান্নষ্টসংজ্ঞো নরাধিপঃ ॥২৫॥
স হি গন্ধর্ব্বলোকস্থানুর্ব্বশ্যা সহিতো বিরাট্। আনিনায় ক্রিয়ার্থেঽগ্নীন্ যথাবদ্বিহিতাস্ত্রিধা ॥২৬॥
ষট্ সুতা জজ্ঞিরে চৈলাদায়ুর্ধীমানমাবসুঃ। দৃঢ়ায়ুশ্চ বনায়ুশ্চ শতায়ুশ্চোর্ব্বশীসুতাঃ ॥ ২৭ ॥
নহুষং বৃদ্ধশর্ম্মাণং রজিং গয়মনেনসম্। স্বর্ভানবীসুতানেতানায়োঃ পুত্রান্ প্রচক্ষতে ॥২৮॥
আয়ুষো নহুষঃ পুত্রো ধীমান্ সত্যপরাক্রমঃ। রাজ্যং শশাস সুমহদ্ধর্ম্মেণ পৃথিবীপতে। ॥২৯॥
পিতৄন্ দেবানৃষীন্ বিপ্রান্ গন্ধর্ব্বোরগরাক্ষসান্। নহুষঃ পালয়ামাস ব্রহ্মক্ষত্রমথো বিশঃ ॥ ৩০ ॥
স হত্বা দস্যুসঙ্ঘাতানৃষীন্ করমদাপয়ৎ। পশুবচ্চৈব তান্ পৃষ্ঠে বাহয়ামাস বীর্য্যবান্ ॥৩১॥
কারয়ামাস চেন্দ্রত্বমভিভূয় দিবৌকসঃ। তেজসা তপসা চৈব বিক্রমেণৌজসা তথা ॥ ৩২॥

---

পোকখি; ইলা হায়বসি পুরূরবাগী মমা মপা অনীমক পূম্না ওইথি হায়না তায় ॥২১॥ মিংচৎ চাওরবা পুরূরবা হাযরিবসি মীওইনা পোক্লবসু মীওইবনা তৌবা ঙমদবা থবক ভাক্ক তৌখি; অদুনা মহাক অসি সমুদ্রগী মথুংদা লৈবা দ্বীপ তরা হুমদোইগী নিংথৌ ওইনা পানখি ।২২॥ পাঙ্গন্না ময়ায় কারবা পুরূরবানা মতম অয়াম্বদা ব্রাহ্মণশিংগা য়েংথীনখি, থৎনখি, মানা নৈবদা খাংবা ঙমক্রবা ব্রাহ্মণশিংনা কপ লাওর ফাওবা, মহাক্না ব্রাহ্মনশিংগী মরল মথুম মুন্দুনা লৌই ॥২৩॥ মহারাজ! অদুগী মতুংদা <u>সনৎকুমার লাক্কুনা পুরূরবাগী মফমদা জ্ঞান তাকখি</u>, পাওতাক পীখি; অদুবু পুরূরবানা মাদুপোইনা লৌদে ॥২৪॥ অদুগী মতুংদা মপাঙ্গল্না নাপন তৌরবা, অক ফত্তা ব্রাখল লৈরবা পুরূরবা অসি শাওরবা মহর্ষিশিংগী শাপতগী থুদক্তা তুমখি ॥২৫॥ মহাক্না শিদ্রিশৈদা যজ্ঞ অমা লিংখৎকে হায়দুনা উর্বশীগা লোয়ননা গন্ধর্ব্ব লোকতগী দক্ষিণাগ্নিনচিংবা যজ্ঞগী মৈ অহুম পুথরকখি ॥২৬॥ উর্বশীগী গর্ভদা পুরূরবাগী মচা তরুক পোকখি; মখোয়গী মমিংদি আয়ু, ধীমান, অমাবসু, দৃঢ়ায়ু, বনায়ু অমদি শতায়ু কৌই ॥২৭॥ <u>মখোয়শিংগী মথুংদা আয়ু হায়বসিগী ওইৎসদগী স্বর্ভানবীগী গর্ভদা মচা মঙা পোকখি</u>, মখোয় অদুদি নহুষ, বৃদ্ধশর্ম্মা, রজি, গয় অমদি অনেনা কৌই ॥২৮॥ মহারাজ! বুদ্ধি লৈরবা, থাংজৈমক শেংনা কল্লবা আয়ুগী মচা নহুষনা ধর্ম্ম কায়দনা পাবচাওরবা লৈপাকপু শাসন তৌখি ।২৯॥ নহুষনা ইন্দ্র ওইরিঙৈদা পিতৃলোক, দেবতাশিং, ব্রহ্মর্ষিশিং, গন্ধর্ব্ব ময়াম, নাগলোক অমদি হিংচাবাশিং পুম্নমকপুসু পালন তৌখি; অদুগা মর্ত্ত্যলোকতা লিংথৌ ওইরবদসু ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, শূদ্র মরিমকপু মীচং মীথাই নাইদনা য়োকখি ॥৩০॥ নহুষনা হুরান চীঙ্খী পুম্নমকপু দমন তৌহনা যোগী ঋষিশিংবু য়ৈথায়বা লৈতনা যজ্ঞ তৌহন্দুনা মখোয়গী মফমদগী যজ্ঞ অমদি তপস্যাগী মহৈগী শরুক তরুক থোক্লগা শরুক অমা মহাক্না লৌই; <u>অদুগা স্বর্গদা ইন্দ্রগী খুভম ফংলিঙৈদা</u>, শাগী মতৌগুম ঋষিশিংগী মথক্তা তোংদুনা কোয়চৎ চৎলম্মি ॥৩১॥ নহুষনা মশাগী তপস্যানা, মথৌনানা, মপাঙ্গল মবুদ্ধিনা দেবতাশিংবু ঙমদুনা

যতিং যযাতিং সংযাতিমায়াতিমযতিং ধ্রুবম্। নহুষো জনয়ামাস ষট্ সুতান্ প্রিয়বাদিনঃ ॥৩৩॥

যতিস্তু যোগমাস্থায় ব্রহ্মীভূতোঽভবন্মুনিঃ। যযাতির্নাহুষঃ সম্রাডাসীৎ সত্যপরাক্রমঃ ॥৩৪॥

স পালয়ামাস মহীমীজে চ বহুভির্মখৈঃ। অতিভক্ত্যা পিতৄনর্চ্চন্ দেবাংশ্চ প্রযতঃ সদা।
অন্বগৃহ্লাৎ প্রজাঃ সর্ব্বা যযাতিরপরাজিতঃ ॥৩৫॥

তস্য পুত্রা মহেষ্বাসাঃ সর্ব্বৈঃ সমুদিতা গুণৈঃ। দেবযান্যাং মহারাজ! শর্ম্মিষ্ঠায়াঞ্চ জজ্ঞিরে ॥৩৬॥

দেবযান্যামজায়েতাং যদুস্তুর্ব্বসুরেব চ। দ্রুহ্যুশ্চানুশ্চ পূরুশ্চ শর্ম্মিষ্ঠায়াঞ্চ জজ্ঞিরে ॥৩৭॥

স শাশ্বতীঃ সমা রাজন্! প্রজা ধর্ম্মেণ পালয়ন্। জরামার্চ্ছন্মহাঘোরাং নাহুষো রূপনাশিনীম্ ॥৩৮॥

জরাভিভূতঃ পুত্রান্ স রাজা বচনমব্রবীৎ। যদুং পূরুং তুর্ব্বসুঞ্চ দ্রুহ্যুঞ্চানুঞ্চ ভারত! ॥৩৯॥

যৌবনেন চরন্ কামান্ যুবা যুবতিভিঃ সহ। বিহর্ত্তুমহমিচ্ছামি সাহ্যং কুরুত পুত্রকাঃ ॥৪০॥

তং পুত্রো দৈবযানেয়ঃ পূর্ব্বজো বাক্যমব্রবীৎ। কিং কার্য্যং ভবতঃ কার্য্যমস্মাকং যৌবনেন তে ॥৪১॥

যযাতিরব্রবীত্তং বৈ জরা মে প্রতিগৃহ্যতাম্। যৌবনেন ত্বদীয়েন চরেয়ং বিষয়ানহম্ ॥ ৪২ ॥

যজতো দীর্ঘসত্রৈর্মে শাপাচ্চোশনসো মুনেঃ। কামার্থঃ পরিহীণোঽয়ং তপ্যেয়ং তেন পুত্রকাঃ! ॥ ৪৩ ॥

মামকেন শরীরেণ রাজ্যমেকঃ প্রশাস্তু বঃ। অহং তন্বাভিনবয়া যুবা কামমবাপ্নুয়াম্ ॥ ৪৪ ॥

---

ইন্দ্রগী পদবী ফংখিবনি ॥৩২॥ নহুষগী ব্রাহ্মণং ব্রাতা ফজববা মচা তরুক পোকখি, মখোয় অমুদি যতি, যযাতি, সংযাতি, আযাতি, অয়তি অমদি ধ্রুব কৌই ॥৩৩॥ মখোয়গী মনুংদা অহন যতিনা মুনি ওইখিদুনা যোগধ্যান্ তৌংনা পরংব্রহ্মদা শিঙখি; তাদুনা মপাঙ্গল থোইনা কল্লবা যযাতিনা নিংথৌবেল ওইখি ॥৩৪॥ লালংম্লব, কল্লবা যযাতিনা মতম অয়াম্বদা তশেং তশেংনা লৈদুনা ভক্তিগা লোয়ননা পিতৃলোকশিংবু অমদি দেবতাশিংবু পূজা তত্তনা তৌখি; পৃথিবী পুম্ববু ভাকখি; যজ্ঞ য়াম্না তৌখি ॥৩৫॥ মহারাজ! দেবযানী অমদি শর্ম্মিষ্ঠা কৌবী ভার্য্যা অনিগী গর্ভদা যযাতিগী মচা মশা পোকখি; মখোয় অম্ব গুণ পুম্নমক্না তিল্লবা খুৎলাই পাযবা হৈরবা, বল্লবামক্কনি ।৩৬॥ দেবযানীগী গর্ভদা যদু অমদি তুর্ব্বসু কৌবা মচা অনি অমসুং অতোনবী শর্ম্মিষ্ঠাগী গর্ভদা দ্রুহ্যু, অনু, পূরু কৌবা মচা অহুম পোকখি ॥৩৭॥ মহারাজ! যযাতি হায়র্বসিনা মতম বুইনা ধর্ম্ম কাযদনা প্রজা ভাক্কুনা মমৈথংদা হবচাংগী ফজবা পুম্ববু মাংহল্লবা অহল ওইরকপা কৌবা অবিদগী মশক যংলবা লাইথুং বংখি ॥৩৮॥ মহারাজ! অহল ওইরবা যযাতিনা যদু তুর্ব্বসু, দ্রুহ্যু, অনু, পুরু কৌবা মচাশিং অসিবু নোংমা কৌশিন্দুনা হায়খি — ইবুঙো! নখোয় পুম্নমক তাও, ঐ অমুক পাগং ওইদুনা যুবতিশিংগা লোয়ননা শাগে নীংভি; অহুনা ইপা ব্রা হায়গে, নপাগী যাথং ভাকউ ॥ ৪০ ॥ দেবযানীগী মচা অহল যদুনা মপা যযাতিদা হায়খি—ঐখোয়গী নহাপাখং ওইরিবা অবস্থা অসিনা করিত্তৌনগদৌরিবা ? অমদি ঐখোয়বু কমদৌজো হায়বগে ॥৪১॥ যযাতিনা হায়খি— ঐগী হনুবা অবস্থা অসি নং লৌরো, নংগী নহাওইরিবা চহী মতাং অসি ঐ লৌদুনা অমুক সংসারগী বিষয়া অসি ভোগ তৌখিগে ॥৪২॥ ইবুঙোখোয়! ঐ অসি চহী মশম চংনা যাগ যজ্ঞ তৌরুরবা নিপা অমনি, অদুবু শুক্রাচার্য্যগী শাপতগী কামভোগগী কবি শক্তি অমত্তা ঐত্তোন্দা লৈত্রে; অদুনা ঐ য়াম্না শুংঙাইত্রে ॥৪৩॥ মখোয়গী মনুংদা কমানো, ঐগী অহল

তে ন তস্য প্রত্যগৃহ্নন্ যদুপ্রভৃতয়ো জরাম্। তমব্রবীত্ততঃ পূরুঃ কনীয়ান্ সত্যবিক্রমঃ ॥৪৫॥
রাজংশ্চরাভিনির্বিশ্য তন্বা যৌবনগোচরঃ। অহং জরাং সমাদায় রাজ্যে স্থাস্যামি তে জ্ঞয়া ॥৪৬॥
এবমুক্তঃ স রাজর্ষিস্তপোবীর্য্যসমাশ্রয়াৎ। সঞ্চারয়ামাস জরাং তদা পুত্রে মহাত্মনি ॥৪৭॥
পৌরবেণাথ বয়সা রাজা যৌবনমাস্থিতঃ। যাযাতেনাপি বয়সা রাজ্যং পূরুরকারয়ৎ ॥৪৮॥
ততো বর্ষসহস্রাণি যযাতিরপরাজিতঃ। স্থিতঃ স নৃপশার্দ্দূলঃ শার্দ্দূলসমবিক্রমঃ ॥৪৯॥
যযাতিরপি পত্নীভ্যাং দীর্ঘকালং বিহৃত্য চ। বিশ্বাচ্যা সহিতো রেমে পুনশ্চৈত্ররথে বনে ॥৫০॥
নাধ্যগচ্ছত্তদা তৃপ্তিং কামানাং স মহাযশাঃ। অবেত্য মনসা রাজন্! ইমাং গাথাং তদা জগৌ ॥৫১॥
ন জাতু কামঃ কামানামুপভোগেন শাম্যতি। হবিষা কৃষ্ণবর্ত্মেব ভূয় এবাভিবর্দ্ধতে ॥৫২॥
পৃথিবী রত্নসম্পূর্ণা হিরণ্যং পশবঃ স্ত্রিয়ঃ। নালমেকস্য তৎ সর্ব্বমিতি মত্বা শমং ব্রজেৎ ॥৫৩॥
যদা ন কুরুতে পাপং সর্বভূতেষু কর্হিচিৎ। কর্ম্মণা মনসা বাচা ব্রহ্ম সম্পদ্যতে তদা ॥৫৪॥
ন বিভেতি যদা চায়ং যদা চাস্মান্ন বিভ্যতি। যদা নেচ্ছতি ন দ্বেষ্টি ব্রহ্ম সম্পদ্যতে তদা ॥৫৫॥

---

ওইরবা, হন্নুরবা হৰচাং অসে লৌতুনা লৈপাক অসি ঙাকউ, অদুগা ঐনা অমুক নহা পাখং ওইদুনা সংসারগী সুংঙাইবসি ফংদুনা লৈখিগে ॥৪৪॥

যক্তনচিংবা মচা মবিদি মপানা হায়বদু য়াখিদে। অদুগী মতুংদা খুদ্ইগী মচা অতোপ্পা মপাঙ্গল মবীল লৈরবা পুরুনা মপানিংথৌদা হায়খি— পাবুং মহারাজ! ঐগী নহা ওইরিবা চহী মতাং অসি লৌবিরগা সুংঙাইবা ফংবিয়ু; অদুগা ঐনা মহারাজগী হন্নুবা অবস্থা লৌরগা ইপাগী য়াথং মতুং ইন্না লৈপাক ঙাকচগে ॥৪৫—৪৬॥ মচা পূরুগী ৱাতাবদা রাজর্ষি যযাতিনা তপস্যাগী পান্নৈনা মাগী জরা অবস্থাবু মচা পূরুদা পীথোকলে ॥৪৭॥ অদুগী মতুংদা যযাতিনা পূরুগী অবস্থা অদু লৌদুনা সংসারগী বিষয় ভোগকী সুংঙাইবদু অমুক ফংখি; পূরুনা মপা যযাতিগী হন্নুবা অবস্থা অদু লৌদুনা নিংথৌ ওইদুনা লৈপাক ঙাকখি ॥৪৮॥ কৈ নোংশাগী মতৌগুম কল্লবা মথৌনা লৈরবা যযাতিনা মক্কম পুস্বদা লাল জস্বা ফংদুনা, নিংথৌ পূস্বগী অথোইবা ওইদুনা চহী লিশিং অমা বিষয় ভোগ তৌখি ॥৪৯॥ যযাতিনা দেবযানী অমদি শর্ম্মিষ্ঠাগা লোয়ননা চহী মতম কুইনা সুংঙাইনা শান্নমিন্নরবা তুংদা অমুক কুবেরগী উপবনদা চত্তনা বিশ্বাচী কৌবী স্বর্গগী বেশ্যাগা লোয়ননা সুংঙাইমিন্নখি ॥৫০॥ মহারাজ! মিংচৎ চাওরবা যযাতিনা মতম কুইনা কাম উপভোগ তৌরফাওবদা অপেনবা লৈখিদে, অদুগী মতুংদা মপুক্কিংদা অসুম মুন্না খন্নবরগা পুরানগী উক্তি পুন্না নীংশিংলক্লে ॥৫১॥ অপাম্বা পোৎ ফংলগা অমদি চারগা অপাম্বা হায়বদু কোকপা নত্তে, মৈদা ঘী হৈজিল্লগা মৈমুৎপা নত্তে; মৈদা ঘী হৈর হৈরগা অসুম সুম চাকখৎলকপা অদুগুমন্নবনা কামদি উপভোগ তৌর তৌরগা অসুম সুম হেনগৎলকই ॥৫২॥

(মনিরত্ননা থল্লবা পৃথিবীনা হেক লৈজবা লল পুম্বনা, যন ইরোইপুম্বনা অমদি পৃথিবীদা লৈরিবা নুপী পুম্নমকনা অমত্তা ওইনা তিন্নহনসু মী অমগী পেন্নবা তৌবা ঙমদে, অসুম হায়না খল্দুনা কামনাগী মুৎননবা হোৎনগদবনি)॥৫৩॥ থৱাই হকচাং অমত্তা ওইনা কনাগুম্বা জীব অমগী মাংননবা তৌদ্রবা, মী

ইত্যবেক্ষ্য মহাপ্রজ্ঞঃ কামানাং ফলতাং নৃপ। সমাধায় মনো বুদ্ধ্যা প্রত্যগৃহ্নাজ্জরাং সুতাৎ ॥৫৬॥
দত্ত্বা চ যৌবনং রাজা পূরুং রাজ্যেঽভিষিচ্য চ। অতৃপ্ত এব কামানাং পূরুং পুত্রমুবাচ হ ॥ ৫৭ ॥
ত্বয়া দায়াদবানস্মি ত্বং মে বংশকরঃ সুতঃ। পৌরবো বংশ ইতি তে খ্যাতিং লোকে গমিষ্যতি ॥ ৫৮ ॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

ততঃ স নৃপশার্দ্দূলঃ পূরুং রাজ্যেঽভিষিচ্য চ। তপঃ সুচরিতং কৃত্বা ভৃগুতুঙ্গে মহাতপাঃ ॥ ৫৯ ॥
কালেন মহতা পশ্চাৎ কালধর্ম্মমুপেয়িবান্। কারয়িত্বা ত্বনশনং সদারঃ স্বর্গমাপ্তবান্ ॥৬০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
সম্ভবে যযাত্যুপাখ্যানে ত্রিসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

——:*:——

অদুনা ব্রহ্মাগী পদবী ফংবা ওস্মি ॥৫৫॥ মহারাজ ! মহাজ্ঞানী ওইরবা যযাতিনা, মতৌ অস্মন্না সংসারগী কাম উপভোগ অমদি সম্ভোগ নচিংবদা মচি ওইবা করিমতা য়াওদে হায়বা খংদুনা বুদ্ধিনা পুক্লিংবু কাজিন্দুনা মচা পূরুদগী অহল ওইবগী চহী মতাং অদু অমুক লৌশিল্লে ॥৫৬॥ কাম সম্ভোগনচিংবদা অপেনবা হায়বদু ফংদনা নিংথৌ যযাতিনা নহাওইবগী চহীমতাং অদু মচা পূরুদা অমুক হল্লিনবিরে; অদুগা মফাকপু লৈপাক অদুগী নিংথৌ ওইনবা অভিষেক তৌখি ॥৫৭॥ যযাতিনা মচা পূরুদা হায়খি — ইপাগী ইবুঙো ! নংদি ঐগী ইরল ইথুম ফংহৌগদবা থাংগৈশেংলবা ইচানি, নংতনা ঐগী বংশবু ভাকহৌগদৌরিবা ইচানি। অদুনা নংগী বংশনা জগত্তা পুরু বংশ অস্তুম হায়না ফাওহৌরসনু ॥৫৮॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি— অসুম হায়দুনা মহারাজ যযাতিনা পূরুবু নিংথৌ খুভম শিন্নবিরম্লগা ভৃগুতুঙ্গপর্ববততা চত্তুনা মতম কুইনা তপস্যা তৌদুনা মহাতপস্বী ওইদুনা, উপবাস ব্রত নচিংবতনা তাইবং হকচাং থাদোক্লমতনা ভার্য্যাশংগা লোয়ননা নোংগাখি ।৫৯—৬০॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদি পর্ব্বগী সম্ভবদা যযাত্যুপাখ্যান কৌবা মতাংদা হুম্ফু হুমদোই শুবা অধ্যায় লোইরে ।০॥

——:*:——

# শ্রীমহাভারতম্।

## আদি পর্ব— সম্ভবে যযাত্যুপাখ্যানে

(হুম্ফু মরি শুবা অধ্যায়ঃ)

——:(*):——

জনমেজয় উবাচ।

যযাতিঃ পূর্বজোঽস্মাকং দশমো যঃ প্রজাপতেঃ। কথং স শুক্রতনয়াং লেভে পরমদুর্লভাম্ ॥১॥

এতদিচ্ছাম্যহং শ্রোতুং বিস্তরেণ তপোধন!। আনুপূর্ব্যা চ মে শংস রাজ্ঞো বংশকরান্ পৃথক্ ॥২॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

যযাতিরাসীন্নৃপতির্দেবরাজসমদ্যুতিঃ। তং শুক্রবৃষপর্বাণৌ বব্রাতে বৈ যথা পুরা ॥৩॥

তত্তেঽহং সম্প্রবক্ষ্যামি পৃচ্ছতে জনমেজয়! দেবযান্যাশ্চ সংযোগং যযাতের্নাহুষস্য চ ॥৪॥

সুরাণামসুরাণাঞ্চ সমজায়ত বৈ মিথঃ। ঐশ্বর্য্যং প্রতি সংঘর্ষস্ত্রৈলোক্যে সচরাচরে ॥৫॥

জিগীষয়া ততো দেবা বব্রিরেঽঙ্গিরসং মুনিম্। পৌরোহিত্যেন যাজ্যার্থে কাব্যং তূশনসং পরে ॥৬॥

ব্রাহ্মণৌ তাবুভৌ নিত্যমন্যোন্যস্পর্দ্ধিনৌ ভৃশম্। তত্র দেবা নিজঘ্নুর্যান্ দানবান্ যুধি সঙ্গতান্ ॥৭॥

তান্ পুনর্জীবয়ামাস কাব্যো বিদ্যাবলাশ্রয়াৎ। ততস্তে পুনরুত্থায় যোধয়াঞ্চক্রিরে সুরান্ ॥৮॥

---

জনমেজয়না হায়খি—ব্রাহ্মাদগী থীথবকপদা তবাস্‌বা পুরুষ, যযাতি হায়বা নিংথৌ অদু এখোয়গী কুইথ্রবা পূর্ব্ব পুরুষ অমনি, মহাত্মা কবিতৌদুনা শুক্রাচার্য্যগী ফংঙমদ্রবী মচানুপীবু লৌথিবগে? ॥১॥ মহর্ষি! মতাং অসি য়াম্না মুম্না, শুগাইনা তাজনিংঙি। মরম অমনা মহর্ষিনা এগোন্দা মাসিগী বিষয় অসি তোঙাল তোঙালবা বংশ অমমম শেম্লম্বা নিংথৌশিংগী ম্বারীশিংগা লোয়নননা মথং মনাও নাইনা লীবিযু ॥২॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি— মহারাজ! যযাতি হায়রিবা নিংথৌ অসে, ইন্দ্রমক্তা মান্ননা ফজরবা অমদি থুকল পাঙ্গল্লবা নিংথৌ ওইখি; অমনা, শুক্রাচার্য্য অমদি বৃষপর্ববা কৌবা দানব অনিনা মমাংঙৈদা মম্মাক ওইগদবা যযাতিগা য়ানথিবা ঙাংনখিবা ম্বা অমগী ম্বারী অদো লীথজগে, অদুগা দেবযানীগা যযাতিগা উনখিবগী মতাং অদুসু লীজগে ॥৩—৪॥ মমাংঙৈদা অচচক্রনা থল্লবা মরোল অহমদা হেকলৈরিবা সম্পত্তি অসি-মুমবদা লাইয়ামগা হিংচাবশিংগা অনিগী মরক্তা ম্বা চাওনা থোক্লখি ॥৫॥ অমগী মতুংদা লাইয়াম্না হিংচাবা থিখিকপু ভমগে হায়রনা লাল ভমনবা তৌবা মতমদা বৃহস্পতিবু পুরোহিত হাপখি; অদুগা হিংচাবশিংনসু লাইয়ামবু ভমগে হায়না লিংখৎপা মতমদা শুক্রাচার্য্যবু পুরোহিত হাপখি ॥৬॥ ব্রাহ্মণ অনি অসিদি মতম অয়াম্বদা বিদ্যাগী বিষয় অয়াম্বদা শীংনহনা ঙাক্তা লৈনরিবনি; লান্দা লাইয়ামনা হিংচাবাশিংবু হেক হেক হাৎপদা শুক্রাচার্য্যনা সঞ্জীবনী কৌবা বিদ্যাগী বলনা অমুক অমুক হিংগৎহনখি; দানবশিং অদুনা অমুক অমুক শিরুবদগী হৌগাৎলক্লগা দেবতাশিংগা লান্দোকখি ॥৭—৮॥

অসুরাস্তু নিজয়ুর্যান্ সুরান্ সমরমূর্দ্ধনি । ন তান্ সঞ্জীবয়ামাস বৃহস্পতিরুদারধীঃ ॥৯॥
ন হি বেদ স তাং বিদ্যাং যাং কাব্যো বেত্তি বীর্য্যবান্ । সঞ্জীবিনীং ততো দেবা বিষাদমগমন্ পরম্ ॥১০॥
তে তু দেবা ভয়োদ্বিগ্নাঃ কাব্যাদুশনসস্তদা । উচুঃ কচমুপাগম্য জ্যেষ্ঠং পুত্রং বৃহস্পতেঃ ॥১১॥
ভজমানান্ ভজস্বাস্মান্ কুরু নঃ সাহ্যমুত্তমম্ । যা সা বিদ্যা নিবসতি ব্রাহ্মণেঽমিততেজসি ॥১২॥
শুক্রে তামাহর ক্ষিপ্রং ভাগভাঙ্ নো ভবিষ্যসি । বৃষপর্ব্বসমীপে হি শক্যো দ্রষ্টুং ত্বয়া দ্বিজঃ ॥১৩॥
রক্ষতে দানবাংস্তত্র ন স রক্ষত্যদানবান্ । তমারাধয়িতুং শক্তো ভবান্ পূর্ববয়াঃ কবিম্ ॥১৪॥
দেবযানীঞ্চ দয়িতাং সুতাং তস্য মহাত্মনঃ । ত্বমারাধয়িতুং শক্তো নান্যঃ কশ্চন বিদ্যতে ॥১৫॥
শীলদাক্ষিণ্যমাধুর্য্যৈরাচারেণ দমেন চ । দেবযান্যাং হি তুষ্টায়াং বিদ্যাং তাং প্রাপ্স্যসি ধ্রুবম্ ॥১৬॥
তথেত্যুক্ত্বা ততঃ প্রায়াদ্বৃহস্পতিসুতঃ কচঃ । তদাভিপূজিতো দেবৈঃ সমীপে বৃষপর্ব্বণঃ ॥১৭॥
স গত্বা ত্বরিতো রাজন্ ! দেবৈঃ সম্প্রেষিতঃ কচঃ । অসুরেন্দ্রপুরে শুক্রং দৃষ্ট্বা বাক্যমুবাচ হ ॥১৮॥
ঋষেরঙ্গিরসঃ পৌত্রং পুত্রং সাক্ষাদ্বৃহস্পতেঃ । নাম্না কচ ইতি খ্যাতং শিষ্যং গৃহ্ণাতু মাং ভবান্ ॥১৯॥
ব্রহ্মচর্য্যং চরিষ্যামি ত্বয্যহং পরমং গুরৌ । অনুমন্যস্ব মাং ব্রহ্মন্ ! সহস্রং পরিবৎসরান্ ॥২০॥

---

অদুগা অসোমদা হিংচাবাশিংনা লান্দা হাত্তুনা শিরবা লাইসিং অদুবুদি বৃহস্পতিনা হিংগৎহনবা ঙমখিদে॥৯॥ মরমদি, সঞ্জীবনী বিদ্যা অসি শুক্রাচার্য্যদি মুম্ন হৈ, বৃহস্পতিদি হৈতে অদুনা দেবতাশিংনা যামনা ৱানখি ॥১০॥ মতম অদুদা শুক্রাচার্য্যবু কিবদগী বৃহস্পতিগী মচা অহল কচদা চৎনা দেবতাশিংনা হায়খি ॥১১॥ কচ ! ঐখোয়না মতম অযান্বদা নখোযগী সেবাতা তৌড়না লৈরিবনি ; অদুনা নহাকস্তু ঐখোয়গী কান্নবা থবক অমতং তৌদুনা ঐখোয় খৱাইগী ইতেং পাংবিয়ু । তেজবীর্য্য কল্লবা শুক্রাচার্য্যগী মফমদা লৈরিবা সঞ্জীবনীগী বিদ্যা অসে থুনা যাংনা চত্তুনা অমুক্তং তমথোকপিক, অসুরগী নিংথৌ বৃষ পর্ব্বগী ময়ুমদা ব্রাহ্মণ অদু উনবা ফংগনি ॥১২-১৩॥ লালগী মতমদা শিরবা অসুরশিংবু শুক্রাচার্য্যনা হেক হেক হিংগৎহল্লি ; অদুগা অসুরশিং অত নত্তবা কনাগুম্বা অমবুদি হেক হিংগৎহন্দে ; নংদি নহা ওইরিবনিনা মহাকপু লায়না পেলহনবা ঙমগনি ॥১৭॥ দেবযানী হায়বী শুক্রাচার্য্যগী মচাম্বপী অমা লৈহনি, নংত্তনা মাবু পেলহনবা ঙমগনি , অতৈ অমনা ঙম্মরোই ॥১৫॥ নংগী নীংথিবা লমচৎ, পুকচেল চাওবা মতৌ, পুকচেল থোৎপা, অমদি ইন্দ্রিয় খুদুম চনবগী গুণনা দেবযানীনা পেকৎলদা নংনা সঞ্জীবনী বিদ্যা ফংবা ঙমগনি ॥১৬॥ "ফরে, অদু মত্তাইরে," অসুম হায়রনা বৃহস্পতিগী মচা নিপা কচ অসি লাইশাম খিবিক্না লুনা তরাম তরাম্না তৌরগনা মফম অত্তদগী অসুর পুরদগী নিংথৌ বৃষপর্ব্বগী কোনুং তান্না চৎখি ॥১৭॥ মহারাজ ! দেবতাশিংনা থারকপা কচ থুনমাংনা চৎখিদুনা অসুরশিংগী নিংথৌগী কোনুং মনুংদা চংখিদুনা শুক্রাচার্য্যবু উরদুনা হায়খি — হে পুকচেল চাওরবা ! ঐ অসি মহর্ষিগী মত্তলিপা অমদি বৃহস্পতিগী থাংগৈহেক পোংবা মচানি ; ঐগী মিং কচ কৌই; ঐবু গুরুদেবগী শিষ্য ওইহনবিয়ু ॥১৮-১৯॥ হে পুকচেল চাওরবা ! ঐনা গুরুদেবগী নাক্ত চহী লিশিং অমা চুপনা লৈদুনা ব্রহ্মচার্য্য ব্রত তৌদুনা গুরুগী আশ্রমদা লৈহনগে, যাশি য়াবিয়ু ॥২০॥

শুক্র উবাচ।

কচ! সুস্বাগতং তেঽস্তু প্রতিগৃহ্লামি তে বচঃ। অর্চ্চয়িষ্যেঽহমর্চ্চ্যং ত্বামর্চ্চিতোঽস্তু বৃহস্পতিঃ ॥২১॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

কচস্তু তং তথেত্যুক্ত্বা প্রতিজগ্রাহ তদ্ব্রতম্। আদিষ্টং কবিপুত্রেণ শুক্রেণোশনসা স্বয়ম্ ॥২২॥

ব্রতস্য প্রাপ্তকালং স যথোক্তং প্রত্যগৃহ্নত। আরাধয়ন্নুপাধ্যায়ং দেবযানীঞ্চ ভারত। ॥২৩॥

নিত্যমারাধয়িষ্যংস্তাং যুবা যৌবনগাং মুনিঃ। গায়ন্ নৃত্যন্ বাদয়ংশ্চ দেবযানীমতোষয়ৎ ॥২৪॥

স শীলয়ন্ দেবযানীং কন্যাং সংপ্রাপ্তযৌবনাম্। পুষ্পৈঃ ফলৈঃ প্রেষণৈশ্চ তোষয়ামাস ভারত! ॥২৫॥

দেবযান্যপি তং বিপ্রং নিয়মব্রতধারিণম্। গায়ন্তী চ ললন্তী রহঃ পর্য্যচরত্তথা ॥২৬॥

গায়ন্তৈকেব শুক্লস্য দাতারং প্রিয়বাদিনম্। নার্য্যো নরং কাময়ন্তে রূপিণং স্রগ্বিণং তথা ॥২৭॥

পঞ্চ বর্ষশতান্যেবং কচস্য চরতো ব্রতম্। তত্রাতীয়ুরথো বুদ্ধা দানবাস্তং ততঃ কচম্ ॥২৮॥

গা রক্ষন্তং বনে দৃষ্ট্বা রহস্যেকমমর্ষিতাঃ। জঘ্নু র্বৃহস্পতের্দ্বেষাদ্বিদ্যারক্ষার্থমেব চ ॥২৯॥

হত্বা শালাবৃকেভ্যশ্চ প্রায়চ্ছংস্তিলশঃ কৃতম্। ততো গাবো নিবৃত্তাস্তা অগোপাঃ স্বং নিবেশনম্ ॥৩০॥

---

শুক্রনা হায়খি — কচ! নংনা লাকলিবসে মুংঙাইরে, মঙ্গল ওইযু। নংনা হায়বসে ঐ য়ারে; নংদি ইকায় খুম্মনবগী মশক্রি, অদুনা নংঙোন্দা বিদ্যা তম্বিত্নুনা নংবু পেলহনগে; অদুম তৌরবদি নংবু পোকপা বৃহস্পতিনসু ঐবু মুংশিবিবা য়াই ॥২১॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি — "মাহমক ওইরসনু" অস্না শুক্রাচার্য্যনা হায়রম্বুনা কচনা মহাক্কী য়াথং মতুং ইন্না ব্রহ্মচর্য্যব্রত লৌখি ॥২২॥ মহারাজ! কচনা মাগী গুরু শুক্রাচার্য্য অমদি মচা মুপী দেবযানীবু পেলহলতুনা শাস্ত্রগী বিধি মতুং ইন্না ব্রহ্মচর্য্যাগী নিয়মবু ঙাক্ল্লুনা লৈখি ॥২৩॥ নহা পাখং ওইরিবা কচনা মুমিৎ খুদিংগী জগোই, ঈশৈ, অমদি পুং, বীনানচিংবনা মাগী গুরুদেবনা চানবিনবগীদমক মচা মুপী দেবযানীবু মতম লৈবখিবিক্লা মুংঙাইহনখি ॥২৪॥ মহারাজ! কচনা মুমিৎ খুদিংগী উহৈ লৈ-সু থিত্নুনা অমদি য়াথং ঙাকপনচিংবা সেবা পুন্নমক কায়দনা গুরুগী মচানুপী কুমারী ওইরিবী দেবযানীবু থোইদোকনা পেলহলখি ॥২৫॥ দেবযানীসু কচবু মহাক্কী ওইনা ফংজনিংবগী আশাদা অচিকপদা ঈশৈ শক্লুনা ব্রততৌরিবা কচগী সেবানচিংবদা পুক্লিং চংখি ॥২৬॥ মরমদি ঈশৈ নোংমাই হৈবা ফিজেৎ চাকচা তরু তরুবা, অপাম্বা পোৎশক পিবা, ঋাহৈ ঋাতা থোৎপা ফজবা, মশক মতৌফজবা, ফিজেৎ লৈতেংনা নিংথিজবা নিপাবু উরগা মুপী হায়বা অসিনা মহৌশানা পামজে ॥২৭॥ কচনা গুরুগী আশ্রমদা লৈত্নুনা, ব্রহ্মচর্য্যব্রত তৌষনা মতৌ অসুম্না চহি মঙা লেলখি। অদুগী মতুংদা দানবশিংনা মসুংদা শিল্লিবা থৌদো অসি খংলক্লুনা য়াম্না শাওখ্রে; অসোমদা নোংমা কচনা অচীকপা মন্দা মতোমদা গুরুগী মন শেল্লমই। তাঙ্গা অসিদা দানবশিংনা লাক্লুনা কচগী মপা বৃহস্পতিবু থোইদোক্লা মুংশিখিরবদগী অমদি সঞ্জীবনী বিদ্যাবু কচনা পিথিদনবগী দমক কচবু মন অমদা হাৎতোকলে ॥২৮—২৯॥ দানবশিংনা কচবু হাৎতোক্লগা মহাক্কী অশিবা মশা অচুমু মতুপ মতুপ থোক্লা ককথৎলগা, হুইনা পিজখি। অদুগী মতুংদা মনশিং অদুনা শেনবিনবা য়াওত্রবদা চোইনা মযুমদা কারকখি ॥৩০॥

সা দৃষ্ট্বা রহিতা গাশ্চ কচেনাভ্যাগতা বনাৎ। উবাচ বচনং কালে দেবযান্যথ ভারত ! ॥৩১॥

দেবযান্যুবাচ।

আহুতঞ্চাগ্নিহোত্রং তে সূর্য্যশ্চাস্তং গতঃ প্রভো। অগোপাশ্চাগতা গাবঃ কচস্তাত ! ন দৃশ্যতে ॥৩২॥

ব্যক্তং হতো মৃতো বাপি কচস্তাত ! ভবিষ্যতি। তং বিনা ন চ জীবেয়মিতি সত্যং ব্রবীমি তে ॥৩৩॥

শুক্র উবাচ।

অয়মেহীতি সংশব্দ্য মৃতং সঞ্জীবয়াম্যহম্। ততঃ সঞ্জীবিনীং বিদ্যাং প্রযুজ্য কচমাহ্বয়ৎ ॥৩৩॥

ভিত্ত্বা ভিত্ত্বা শরীরাণি বৃকাণাং স বিনির্গতঃ। আহূতঃ প্রাদুরভবৎ কচো হৃষ্টোঽথ বিদ্যয়া ॥৩৫॥

কস্মাচ্চিরায়িতোঽসীতি পৃষ্টস্তামাহ ভার্গবীম্। সমিধশ্চ কুশাদীনি কাষ্ঠভারঞ্চ ভাবিনি ! ॥৩৬॥

গৃহীত্বা শ্রমভারার্ত্তো বটবৃক্ষং সমাশ্রিতঃ। গাবশ্চ সহিতাঃ সর্বা বৃক্ষচ্ছায়ামুপাশ্রিতঃ ॥৩৭॥

অসুরাস্তত্র মাং দৃষ্ট্বা কস্ত্বমিত্যভ্যচোদয়ন্। বৃহস্পতিসুতশ্চাহং কচ ইত্যভিবিশ্রুতঃ ॥৩৮॥

ইত্যুক্তমাত্রে মাং হত্বা পেষীকৃত্বা তু দানবাঃ। দত্ত্বা শালাবৃকেভ্যশ্চ সুখং জগ্মুঃ স্বমালয়ম্ ॥৩৯॥

আহূতো বিদ্যয়া ভদ্রে ! ভার্গবেণ মহাত্মনা। ত্বৎসমীপমিহায়াতঃ কথঞ্চিৎ প্রাপ্তজীবিতঃ ॥৪০॥

---

মহারাজ ! অদুগী মতুংদা কচ য়াওদনা যন ঙাক্তা হল্লকপদু উরদুনা দেবযানীনা মতম অদুদা মপা শুক্রাচার্য্যগী মফমদা চংদুনা হায়খি ॥৩১॥ দেবযানীনা হায়খি — বাবা ! বাবসু সন্ধ্যাগী হোম তৌবা হৌরে সুমিৎসু তারে যনশেলবা য়াওদনা যন ময়ামসু কারকলে, কচদি হৌজিক ফাওবা লাকপা উত্রে ॥৩২॥ মরম অদুনা কনাগুম্বনা বন্দা কচবু শোয়দনা হাৎলম্লগনি, নত্রগা করিগুম্বা অমদগী কচ শিরম্বা তারে। বাবা ! ঐদি মহাক উদনা হিংদুনা লৈবা ঙমলবোই, ঐ বাবাদা অচুম্বা হায়জরমই-বসিনি ॥৩৩॥ শুক্রাচার্য্যনা হায়খি — ইবেম্মা ! কচ অদো শিথ্রবম মফম অসিদা হৌজিকমক লাও হায়না মাবু কৌবদা মফম অসিদা হিংদুনা লাকহনগে। অসি হায়দুনা শুক্রাচার্য্যনা সঞ্জীবনী বিদ্যা শিজিন্নদুনা কচবু কৌরকই ॥৩৪॥ হেক কৌবদা সঞ্জীবনী বিদ্যাগী শক্তিনা কচ অসি হুই পুম্নমক্কী পুকনুংদগী থিংগায়রক্লগা "চোংথোরক্লগা, মপোপ ইকাই কায়দনা মাইথোং মকা লামনা মফম অদদা থুংলরে ॥৩৫॥ দেবযানীনা হাঙি — কচ ! ঙসি কন্দুক থিল্লিবা করিগীনো ? মতম অদুদা কচনা খুমখি — ইবেম্মা ! মঙগী শীং, কুশ, উঁহে য়াষৈ, পুথুনা লাকপা মতমদা য়াম্না বাদুনা বট পাম্বী অমাগী মরুমদা পোৎথাদুনা লৈরুরে ; বনশিংসু ঐগা লোয়ননা উখাহদা উইদুনা পোত্থারমমি ॥৩৬—৩৭॥ মতম অদুদা অসুরশিংনা লাক্ত্রগা বট পাম্বীগী উখাদা লৈরিবা ঐহোন্দা চংলক্ত্রনা "নং কনানো ?" অহুম হায়না হংলে। ঐসু বৃহস্পতিগী মচানি ইমিংনা কচ কৌই হায়না খুম্মুরে ॥৩৮॥ য়াসি হায়বা হেক তাবদা মথোয়না ঐবু হাৎদুনা, মতুপ মতুপ থোকনা ককথত্রনা, হুইশিংদা পিজরমগা মথমাই লুংঙাইনা মাগী মাগী মযুমদা চৎখি ॥৩৯॥ ইবেম্মা ! অদুগী মতুংদা পুকচেল চাউবা, কুপ্তবংশগী অথোইবা, মংয় লোকপা গুরুদেব শুক্রাচার্য্যনা খুদক অদুদা সঞ্জীবনী বিদ্যা শিজিন্নদুনা ঐবু কৌরকপদা ঐসু অমুক হিংদোক্লক্ত্রনা নংগী নকমদা লাকলিবসিনি ॥৪০॥

হতোঽহমিতি চাচখ্যৌ পৃষ্টো ব্রাহ্মণকন্যয়া । স পুনর্দেবয়ান্যোক্তঃ পুষ্পাণ্যাহর মে দ্বিজ ! ॥৪১॥
বনং যযৌ কচো বিপ্রো দদৃশুর্দানবাশ্চ তম্ । পুনস্তং পেষয়িত্বা তু সমুদ্রাম্ভস্যমিশ্রয়ন্ ॥৪২॥
চিরং গতং পুনঃ কন্যা পিত্রে তং সন্ন্যবেদয়ৎ । বিপ্রেণ পুনরাহূতো বিদ্যয়া গুরুদেহজঃ ।
পুনরাবৃত্য তদ্বৃত্তং ন্যবেদয়ত তদ্যথা ॥৪৩॥
ততস্তৃতীয়ং হত্বা তং দগ্ধা কৃত্বা চ চূর্ণশঃ । প্রায়চ্ছন্ ব্রাহ্মণায়ৈব সুরায়ামসুরাস্তথা ॥৪৪॥
অপিবৎ সুরয়া সার্দ্ধং কচভস্ম ভৃগূদ্বহঃ । সা সায়ন্তনবেলায়ামগোপা গাঃ সমাগতাঃ ॥৪৫॥
দেবযানী শঙ্কমানা দৃষ্ট্বা পিতরমব্রবীৎ । পুষ্পাহারঃ প্রেষণকৃৎ কচস্তাত ! ন দৃশ্যতে ॥৪৬॥
ব্যক্তং হতো মৃতো বাপি কচস্তাত ! ভবিষ্যতি । তং বিনা ন চ জীবেয়ং কচং সত্যং ব্রবীমি তে ॥৪৭॥
বৈশম্পায়ন উবাচ ।
শ্রুত্বা পুত্রীবচঃ কাব্যো মন্ত্রেণাহূতবান্ কচম্ । জ্ঞাত্বা বহিষ্ঠমজ্ঞাত্বা স্বকুক্ষিস্থং কচং নৃপ ! ॥৪৮॥
শুক্র উবাচ ।
বৃহস্পতেঃ সুতঃ পুত্রি ! কচঃ প্রেতগতিং গতঃ । বিদ্যয়া জীবিতোঽপ্যেবং হন্যতে করবাম কিম্ ॥৪৯॥
মৈবং শুচো মা রুদ দেবযানি ! ন ত্বাদৃশী মর্ত্ত্যমনুপ্রশোচেত ।

---

দেবযানীনা হংবদা কচনা "ঐদি শিকরেদো" অসুম হায়না পাউথুম পিরমই। অদুগী মতুংদা নোংমসু ঐগীদমক্তা লৈ থিরু অসুম হায়না পাখোল শিরমই ॥৪১॥ দেবযানীগী য়াথং মতুং ইন্না কচসু লৈ থিবা বনদা চংখি; দানবশিংনা মাবু উবদা অমুকসু হাংত্তোকলগা মতুপ মতুপ থোকনা ককথংলগা সমুদ্রগী ঈশিংদা থাদখি ॥ ৪২ ॥ কচনা কুইনা লাকখিদ্রবা অদুদা দেবযানীনা মপা শুক্রাচার্য্যদ 'কচপু হল্লক্তবা কুইরে গুরু !' অসুম হায়না তম্মুরে। অদুদা অমুক শুক্রাচার্য্যনা সঞ্জীবনী বিদ্যা শিজিন্নদুনা কচবু কৌরকই; কচসু অমুক হল্লক্লুনা হান্নগী মতৌগুম্না পাউ তমৌল ॥৪৩॥ অদুগী মতুংদা অসুরশিংনা অহুম্নক শুরকপদা অমুকসু হাংত্তুনা মৈদা থাদোক্লগা কচগী উৎ অদু য়ুদা য়ানশিল্লগা শুক্রাচার্য্যদা থকউ হায়না লানশিনখি ॥ ৪৪ ॥ শুক্রাচার্য্যসু কচগী উৎ অদু সুরাগা লোয়ননা থকত্তোকখ্রে। অসোমদা সন্ধ্যা য়ৌশিল্লক্লবদা যনশিং অদুসু অশেনবা য়াওদনা কারকপদু উবদা দেবযানীনা কচ শিখ্রমাল্লে হায়না চিংনরদুনা মপাদা হায়খি— বাবা! হায়বদা ইল্লবা কচদো লৈ থিবা চংখিববু হৌজিক ফাওবা হল্লক্তরে, মশকউদ্রে ॥ ৪৫-৪৬ ॥ মরম অদুনা শোইদনা মাবু কনাগুম্বনা হাংলমলগানি, নত্রগা কয়িগুম্বা অমনা শিরম্বা তারে। কচ য়াওদনা ঐহাক্তি মিকুপ অমত্তা হিংগদনা লৈবা ঙমলোই, ঐ অচুম্বা হায়জরিবা অসিনি ॥ ৪৭ ॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি— মহারাজ! শুক্রাচার্য্যনা দেবযানীগী ঋা তাবদা কচসি মপান্দা লৈরিমাল্লে হায়দুনা অদুগা মাগী পুকনুংমক্তদা লৈরে হায়বসি খংজদনা সঞ্জীবনী বিদ্যা শিজিন্নদুনা কচবু কৌরকই ॥ ৪৮ ॥ শুক্রাচার্য্যনা হায়খি দেবযানী! কচদো গুণশিংদি মীচম অমনা শিবগুম শিখ্রে; ঐনা সঞ্জীবনী বিদ্যাগী শক্তিনা মাবু হিংহনবসি, অদুবু অসুরশিংনা মাবু অমুক হাত্তোকখ্রে, অদুনা ঐখোয়

যস্যাশ্রব ব্রহ্ম চ ব্রাহ্মণাশ্চ সেন্দ্রা দেবা বসবোঽথাশ্বিনৌ চ ॥৫০॥

সুরদ্বিষশ্চৈব জগচ্চ সর্বমুপস্থানে সন্নমন্তি প্রভাবাৎ।

অশক্যোঽসৌ জীবয়িতুং দ্বিজাতিঃ সঞ্জীবিতো বধ্যতে চৈব ভূয়ঃ ॥৫১॥

দেবযান্যুবাচ।

যস্যাঙ্গিরা বৃদ্ধতমঃ পিতামহো বৃহস্পতিশ্চাপি পিতা তপোনিধিঃ।

ঋষেঃ পুত্রং তমথো বাপি পৌত্রং কথং ন শোচেয়মহং ন রুদ্যাম্‌। ৫২॥

স ব্রহ্মচারী চ তপোধনশ্চ সদোত্থিতঃ কর্ম্মসু চৈব দক্ষঃ।

কচস্য মার্গং প্রতিপৎস্যে ন মোক্ষ্যে প্রিয়ো হি মে তাত! কচোঽভিরূপঃ ॥৫৩॥

শুক্র উবাচ।

অসংশয়ং মামসুরা দ্বিষন্তি যে শিষ্যং মেঽনাগসং সূদয়ন্তি।

অব্রাহ্মণং কর্ত্তুমিচ্ছন্তি রৌদ্রাস্তে মাং যথা ব্যভিচরন্তি নিত্যম্‌।

অপ্যস্য পাপস্য ভবেদিহান্তঃ কং ব্রহ্মহত্যা ন দহেদপীন্দ্রম্‌ ॥৫৪॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

সঞ্চোদিতো দেবযান্যা মহর্ষিঃ পুনরাহ্বয়ৎ। সংরম্ভেণৈব কাব্যো হি বৃহস্পতিসুতং কচম্‌ ॥৫৫॥

---

করম তৌসি হায়বগে ।।৪৯।। দেবযানী। নং ব্বারগনু, কপ্লগনু। নংগুম্বী জ্ঞান লৈবী মুপীনা মীওইবগী শিবগী দমক থক ব্বানদে। অমুক ব বি হায়কগনি, নংগী শক্তিনা জ্ঞান লৈবা মীশিংনা ব্রাহ্মণশিংনা, ইন্দ্রনাচিংবা দেবতাশিংনা, বসুশিংনা, অশ্বিনী কুমাব অনিনা, হিংচাবাশিংনা, অমুক করি হায়কনি জগৎ পুমনমকনা উপাসনা তৌবা মতমদা মকোক নোললিবনি। য়েংঙু, ব্রাহ্মণ মচাদুবু অসুম হিংহন্দুনা থম্বা হায়বসি ওইথোক্তরে, করিনা হায়ববু ঐনা হিংহল্লবস অসুরশিংনা অমুক হাৎকদৌবা মরেরে ।। ৫০ ৫১ ।।

দেববানীনা হায়খি — অহল ওইববা, জ্ঞান লৈরবা অঙ্গিরানা মহাক্কী মবুধৌ ওইরবা, মহাতপস্বী বৃহস্পতিনা মহাক্কী মপা ওইরিবা, ঋষিগী মচাসু ওইবা, অমগা ঋষিমক্কী মশুস্ত ওইবা, অতুম্বা কচগী দমক করিগীদমক্তা ঐনা ব্বারোইদৌরিবনো অমসুং কপলোইদৌরিবনো ? ।।৫২।। কচ হায়বা অতুদি ব্রহ্মচারীনি, তপস্বীনি, নোম্বা কনবা মীনি অমদি থবক পুন্নমক্ত হৈশিংবনি; অতুনা ঐসু কচনা চৎখিবা লম্বীদা ঐসু চৎথ্রগে, মানা চৎখিবা লম্বী অদো ঐ থাদোক্রোই। মরমদি হৈরবা অমদি ফজরবা কচ অদো ঐগী নুংশিবগী তুংনফম ওইথ্রবনি ।।৫৩।। শুক্রাচার্য্যনা হায়খি— চুমই ইবেম্মা, অসুরশিং অসিনা ঐগোন্দা য়েক্কবা হৌরি, মরমদি ঐগী মনি লৈতত্রবা শিষ্যবু হত্ন হত্না হাৎলি। অসুরশিংনা ঐবু ব্রাহ্মণ ওইহনলিংঙে; সুমিৎ চুপ্পা ঐনা য়াত্রবা লমচত্তা চৎলি, অতুমগায়রে মথোয়না তৌরিবা পাপ অসিগী মহৈনা মরাইনা লাংজরগনি; ব্রহ্মহত্যাগী পাপনা কনাবু চাবথেকতবগে ? ইন্দ্র ফাওবা তুম্মিবনি ।।৫৪।। বৈশম্পায়ননা হায়খি—মহর্ষি শুক্রাচার্য্যনা দেবযানীনা "হন্ন হন্না শিরবনি" অসুম হায়রগা অমুক হন্না

কচোঽপি রাজন্ ! স মহানুভাবো বিদ্যাবলাল্লব্ধমতির্মহাত্মা ।
গুরোর্হি ভীতো বিষয়া চোপহূতঃ শনৈর্বাক্যং জঠরে ব্যাজহার ॥৫৬॥
প্রসীদ ভগবন্ ! মহ্যং কচোঽহমভিবাদয়ে । যথা বহুমতঃ পুত্রস্তথা মন্যতু মাং ভবান্ ॥৫৭॥

বৈশম্পায়ন উবাচ ।

তমব্রবীৎ কেন পথোপনীতস্ত্বং চোদরে তিষ্ঠসি ব্রূহি বিপ্র ।
অস্মিন্ মুহূর্ত্তে হ্যসুরান্ বিনাশ্য গচ্ছামি দেবানহমদ্য বিপ্র ॥৫৮॥

কচ উবাচ ।

তব প্রসাদান্ন জহাতি মাং স্মৃতিঃ স্মরামি সর্বং যচ্চ যথা চ বৃত্তম্ ।
ন ত্বেবং স্যাত্তপসঃ সংক্ষয়ো মে ততঃ ক্লেশং ঘোরমিমং সহামি ॥৫৯॥
অসুরৈঃ সুরায়াং ভবতোঽস্মি দত্তো হত্বা দগ্ধ্বা চূর্ণয়িত্বা চ কাব্য ! ।
ব্রাহ্মীং মায়াং চাসুরীং বিপ্র ! মায়াং ত্বয়ি স্থিতে কথমেবাতিবর্ত্তেৎ ॥৬০॥

শুক্র উবাচ ।

কিং তে প্রিয়ং করবাণ্যদ্য বৎস ! বধেন মে জীবিতং স্যাৎ কচস্য ।
নান্যত্র কুক্ষের্মম ভেদনেন দৃশ্যেৎ কচো মদ্গতো দেবযানি । ॥৬১॥

---

খোঞ্জেল ৱাংনা কচবু কৌদুনা কপলকলে ॥৫৫॥ মহারাজ ! মহাত্মা ওইরবা অমদি প্রতাপ চাউরবা কচ অহ সঞ্জীবনী বিদ্যাগী প্রতাপনা শুকগী পুকন্নুংদা হিংগত্তুনা লৈরে; অদুবু 'গুরুগী পুকন্নুংদা লৈরিবনিকো' খল্লুবদা বিরবলে; অদুমদি ওইরবদা বিদ্যাগী শক্তি শিজিন্নদুনা কৌরিবনি হায়দুনা কচনা গুরুগী পুকন্নুংদগী অসুম হায়না খুম্লকই — ভগবন ! ঐবু চানবিয়ু, হন্ন হন্না খুকমজরি, মীওইবনা মচাবু নুংশিবা অদুগুম গুরুদেবনা ঐবুসু, অদুম খন্দুনা নুংশিবিয়ু ॥৫৬—৫৭॥

বৈশম্পায়ননা হায়খি— শুক্রাচার্য্যনা কচদা হংখি—কচ ! করম্বা লম্বীদা চৎকে হায়দুনা হৌজিক ফাওবা ঐগী পুকন্নুংদা লৈরিবনো, হায়য়ু। ঐ হৌজিকমক অসুরশিংবু হাৎলগা দেবতা-শিংগী মিচং ওইরগে ॥৫৮॥ কচনা খুম্মি— গুরুদেব ! গুরুদেবগী কৃপানা ঐগী স্মৃতি শক্তি করিমত্তা মাংদ্রি। মরম অদুনা থোকখিব্রা থৌদোক পুম্নমক লোইনা নিংশিংলি; অদুগা অপমৃত্যুগী অবস্থাদা লৈরবা অসি ফাওবদা ঐগী তপস্যাদি মাংবা কৈদ্রে; অদুমক্তনা অৱা অনা পুম্বসি খাংবা ঙমলিবনি ॥৫৯॥ গুরুদেব ! অসুরশিংনা ঐবু হাত্তুনা, মৈদা থাদোক্তুনা ঐগী হকচাংগী উৎ অদুবু সুরাদা হাপচিন্দুনা গুরুদেবদা পিথকখিব্রবনি। গুরুদেবনা অসুরশিংদা মায়া তমবিখ্রে; মরম অদুনা গুরুদেব লৈনা লৈনা গুরুদেবগী মায়ামক্তা মায়রবা অসুরশিংগী মায়া অসিবু ঐনা করম হায়না লাম্থোকপা ঙমগদগে ? ॥৬০॥

শুক্রাচার্য্যনা হায়খি— ইবেম্মা ! দেবযানি ! নং করি পাম্বগে হায়য়ু, ইপা তৌগে। ঐ ইপা ইথন্ত শিজরগা কচ অহিং কনবা য়াগনি; করিনা হায়রবু ঐগী পুক অসি লেনথায়বা নত্তনা

দেবযান্যুবাচ ।

দ্বৌ মাং শোকাবগ্নিকল্পৌ দহেতাং কচস্য নাশস্তব চৈবোপঘাতঃ

কচস্য নাশে মম শর্ম্ম নাস্তি তবোপঘাতে জীবিতুং নাস্মি শক্তা ॥৬২॥

শুক্র উবাচ ।

সংসিদ্ধরূপোঽসি বৃহস্পতেঃ সুত ! যত্ত্বাং ভক্তং ভজতে দেবযানী ।

বিদ্যামিমাং প্রাপ্নুহি জীবনীং ত্বং ন চেদিন্দ্রঃ কচরূপী ত্বমদ্য ॥৬৩॥

ন নিবর্ত্তেৎ পুনর্জীবন্ কশ্চিদন্যো মমোদরাৎ । ব্রাহ্মণং বর্জয়িত্বৈকং তস্মাদ্বিদ্যামবাপ্নুহি ॥৬৪॥

পুত্রো ভূত্বা ভাবয় ভাবিতো মাম্ অস্মাদ্দেহাদুপনিষ্ক্রম্য তাত ! ।

সমীক্ষেথা ধর্ম্মবতীমবেক্ষাং গুরোঃ সকাশাৎ প্রাপ্য বিদ্যাং সবিদ্যঃ ॥৬৫॥

বৈশম্পায়ন উবাচ ॥

গুরোঃ সকাশাৎ সমবাপ্য বিদ্যাং ভিত্ত্বা কুক্ষিং নির্বিচক্রাম বিপ্রঃ ।

কচোঽভিরূপস্তৎক্ষণাদ্ব্রাহ্মণস্য শুক্লাত্যয়ে পৌর্ণমাস্যামিবেন্দুঃ ॥৬৬॥

দৃষ্ট্বা চ তং পতিতং ব্রহ্মরাশিম্ উত্থাপয়ামাস মৃতং কচোঽপি ।

বিদ্যাং সিদ্ধাং তামবাপ্যাভিবাদ্য ততঃ কচস্তং গুরুমিত্যুবাচ ॥৬৭॥

---

ঐগী পুকম্নুংদা লৈবা কচনু খক উবা ফংলরোই ॥ ৬১ ॥ দেবযানীনা হায়রখি — বাবা ! বাবাগী অমদি কচগী অনিমক্কীমৃত্যুগী অৱাবনা ঐবু মৈওইতুনা শোযদনা চাকথেক্কদৌরি । মরমদি কচনশিরবদা ঐনা হিংদুনা সুংভাইগদোবা লৈত্রে, অদুগা বাবানা লৈত্রবসু ঐ মিকুপ অমতা হিংদুনা লৈবা ঙমলোই ॥৬২॥শুক্রাচার্য্যনা হায়রখি — কচ । নংদি তপস্যাগী মপুংফারবা সিদ্ধি ফংলবনি; ঐগী ভক্ত ওইরবা নংভোন্দা দেবযানিনা থোইদোক্না মথল্লাই তাখে । মরম অদুনা নংসি কচগী মশক লৌবা ইন্দ্রমক নত্রবদি ঐগী সঞ্জীবনী বিদ্যা অসি ফংজরো ॥৬৩॥ অদুগা ব্রাহ্মণ নত্তনা কনানসু ঐগী পুকম্নুংদগী হিংন হিংনা থোরকপা ঙমলোইদ্রবনি । মরম অদুনা ঐগী সঞ্জীবনী বিদ্যাসি নং লৌরো ॥৬৪॥ ইবুংঙো ! কচ ! ঐনা নংবু হিংহল্লবনিদো অদুনা নংসু ঐগী পুকম্নুংদগী ঐগী ইচাগুম থোবক্তুনা ঐবুসু হিংহল্লু । য়েংঙু, গুরুগী মফমদগী বিদ্যা ফংলগা অমসুং নহৈ ওইরগা, গুরুগী তৌবিমল খক কাউগনু- ধর্ম্মগী মায়কৈদা য়েংলবা ঙৌগনু ॥৬৫॥ বৈশম্পায়ননা হায়রখি — বিদ্বান ওইরবা কচনা গুরুগী মফমদগী সঞ্জীবনী বিদ্যা ফংলাগনা গুরুগী মপুকপু হোগায়দুনা লৈচিন অমদি উন্না তাকথ্রবদা পূর্ণিমা থানা তানথোরকপা অদুগুম কচ অসি গুরুগী পুকম্নুংদগী থোরক্রে ॥৬৬॥

থোরক্রে হায়রগা করিউবগে হাযববু অধ্যাত্মিক জ্ঞান পূর্ণমকী মপৈনা মূর্ত্তি ওইনা চোংথোক্লুনা লৈরবা শুক্রাচার্য্যনা মৃত্যুগী অবস্থাদা লৈমাইথক্তা তাদুনা লৈরমলে; মতম অদুদা কচনা সঞ্জীবনী বিদ্যা শিজিন্নদুনা গুরুবু কোনথংলি । অদুগী মতুংদা কচনা সিদ্ধিগা লোয়ননা বিদ্যা ফংজরে অদুম হায়দুনা গুরুদা হন্না হন্না খুরম্নি অমদি হায়রকই —গুরুদেব ! গুরুদেবগুম্বা জ্ঞানী পণ্ডিতনা পংলবা, বিদ্যা মাওত্রিবা শিদ্যাগী

যঃ শ্রোত্রয়োরমৃতং সন্নিষিঞ্চেদ্বিদ্যামবিদ্যস্য যথা কুমার্য্যঃ।
তং মন্যেঽহং পিতরং মাতরঞ্চ তস্মৈ ন দ্রুহ্যেৎ কৃতমস্য জানন্ ॥৬৮॥
ঋতস্য দাতারমনুত্তমস্য নিধিং নিধীনামপি লব্ধবিদ্যাঃ।
যে নাদ্রিয়ন্তে গুরুমর্চ্চনীয়ং পাপাল্লোঁকাংস্তে ব্রজন্ত্যপ্রতিষ্ঠাঃ ॥৬৯॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

সুরাপানাদ্বঞ্চনাং প্রাপ্য বিদ্বান্ সংজ্ঞানাশঞ্চৈব মহাতিঘোরম্।
দৃষ্ট্বা কচঞ্চাপি তথাভিরূপং পীতং তথা সুরয়া মোহিতেন ॥ ৭০ ॥
সমন্যুত্থায় মহানুভাবস্তদোশনা বিপ্র-হিতং চিকীর্ষুঃ।
সুরাপানং প্রতি সঞ্জাতমন্যুঃ কাব্যঃ স্বয়ং বাক্যমিদং জগাদ ॥৭১॥
যো ব্রাহ্মণোঽদ্যপ্রভৃতীহ কশ্চিন্মোহাৎ সুরাং পাস্যতি মন্দবুদ্ধিঃ।
অপেতধর্ম্মা ব্রহ্মহা চৈব স স্যাদস্মিন্ লোকে গর্হিতঃ স্যাৎ পরে চ ॥ ৭২ ॥
ময়া চৈতাং বিপ্রধর্ম্মোক্তিসীমাং মর্য্যাদাং বৈ স্থাপিতাং সর্ব্বলোকে।
সন্তো বিপ্রা শুশ্রুবাংসো গুরূণাং দেবা লোকাশ্চোপশৃণ্বন্তু সর্ব্বে ॥৭৩॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

ইতিদমুক্ত্বা স মহানুভাবস্তপোনিধীনাং নিধিরপ্রমেয়ঃ।

---

নাকোংদা অমৃতগা মাননা থুমলবা ৰিদ্যা দান তৌবিবা মহাক অদুবু ঐনা মহৌশানা ইপা ইমা মকনি হায়না খল্লে। অদুগা মানঃ তৌবিখিবা অদুবু নিংশিংদনা অদুগুম্বা গুরু অদুগী মফমদা মাংননবা থক তৌজরোই ॥৬৭—৬৮॥ অদুগুম্বা শিষ্যশিং অদুনা গুরুদগী ফংবা বিদ্যানা জ্ঞানী ওইরগা তত্ত্বজ্ঞান অদুবু পিবিরিবা অমদি বেদজ্ঞানগী তুংনঘম ওইবা গুরুদেববু নাপল তৌদনা থওইদবা মখোয় অদুনা ইহলোকতসু মীথোই মীহেনবা থক ওইরোই পরলোকতা চৎখ্রবসু নরক তাগনি ॥৬৯॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি — জ্ঞানী অমদি মহাত্মা ওইরবা শুক্রাচার্য্যনা সুরাপান তৌরুবগী দোষ অমদি শিদুনা জ্ঞান মাংলুবা অদুবু খল্লুবদা অদুগা শুক্ষৎলিঙৈ, ভাওরিঙৈদা মহাক্কী ভস্মগা লোয়ননা সুরাবু পিথকখ্রবা অদুম ওইবা জ্ঞানী কচবু উবদা য়াম্না সুংঙাইঙবা ইকায়বগা লোইননা শুক্রাচার্য্যদো হৌগৎলে; অদুগী মতুংদা সুরাপান তৌখিবগী শাউবনা ব্রাহ্মণ পুম্নমক্কী কান্নবা তৌগে খল্লদনা ৱাসি হায়খি ॥৭০—৭১॥

(জগৎ অসিদা অপংবা, বুদ্ধি লৈত্রবা কনাগুম্বা ব্রাহ্মণনা ঙসিগী মুমিৎ. অসিদগী করিগুম্বা ৱাখল অমদগী ভ্রম তৌহনবু ওইরবসু সুরা পান তৌরুরবদি মহাক অদু ধর্ম্ম লৈত্রবা অমদি ব্রহ্ম ঘাটক ওইবা মীগা মাননা পাপী ওইহনা ইহলোক পরলোক অনিদা লোক নিন্দা ফংবা ওইসনু ॥৭২॥ গুরুগী সেবাদা পুক্নিংচংবা সাধুমহাত্মা ব্রাহ্মণশিংনা, দেবতাশিংনা অমদি ক্ষত্রিয়নাচিংবা পুম্নমক্ক ঙসি তাহৌরসনু ঐনা ঙসি জগৎ পুম্নমক্তা ব্রাহ্মণনা চৎকদৌবা ধর্ম্ম নিয়ম হৌদোক্লবনি) ॥৭৩॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি — তপস্বী অখোইবা অমদি অতৈসা মাসত্রবা মতিক মগুণনা মহাক্কী

তান দানবান্ দৈববিমূঢ়বুদ্ধীন্ ইদং সমাহূয় বচোঽভ্যুবাচ ॥৭৪॥
আচক্ষে বো দানবা বালিশাঃ স্থ সিদ্ধঃ কচো বৎস্যতি মৎসকাশে।
সঞ্জীবনীং প্রাপ্য বিদ্যাং মহাত্মা তুল্যপ্রভাবো ব্রাহ্মণো ব্রহ্মভূতঃ ॥৭৫॥
এতাবদুক্ত্বা বচনং বিররাম স ভার্গবঃ। দানবা বিস্ময়াবিষ্টাঃ প্রযযুঃ স্বং নিবেশনম্ ॥৭৬॥
গুরোরুষ্য সকাশে তু দশ বর্ষশতানি সঃ। অনুজ্ঞাতঃ কচো গন্তুমিয়েষ ত্রিদশালয়ম্ ॥৭৭॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
সম্ভবে যযাত্যুপাখ্যানে চতুঃষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

——:(*):——

ওইরবা, পুকচেল চাউরবা শুক্রাচার্য্যনা অসি হায়রগা মরাইষক্তা অসুম থোকউ তমখ্রবা দানবশিংবু কৌরগা অসুম হায়খি — দানব পুন্নমক ! নখোয় অসি ওয়্যোক্লা মাংখ্রে; অহনা বা অসি নখোয়দা হায়গদৌরিবনি; মহাত্মা ওইরবা কচনা ঐভোন্দগী সঞ্জীবনী বিদ্যা ফংখিহনা সিদ্ধ ওইখ্রেদো; মরম অতুনা কচ অসি হৌজিক্তি নখোয়গা চপ মাননা কল্লবনি; অমুক করি হায়রুনি মতিক মগুণদা হৌজিক ব্রহ্মামক্তা মান্নরবনি অতুগা মহাক অসি ঐগা মতম কুইনা লৈমিন্নবা তারিয়ে ॥৭৪—৭৫॥ শুক্রাচার্য্যনা ঋাসি হায়রমলগা তুমিন্না লৈখ্রে; দানবশিং অহক্ষু খুমফম খংদহনা পুমগুক্ ওক্তুনা ময়ুম ময়ুমদা হনখি ॥৭৬॥ অসোমদা কচসু চহি লিশিং অমা চুপনা শুক্রাচার্য্যগী মনাক্তা লৈদুনা গুরুগী য়াথং লৌদুনা অমুক হন্না স্বর্গলোক্তা হল্লগে হায়না নিংখি ॥৭৭॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারততা শ্লোক লিশিং চামনা থল্লবা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদি পর্ব্বদা সম্ভবদা যযাত্যুপাখ্যান কৌবা হুম্ফুমরি শুবা অধ্যায় লোয়রে।

——:০:——

# শ্রীমহাভারতম্ ।

## আদি পর্ব— সম্ভবে যাযাতে

( হুস্ক,মঙা শুবা অধ্যায়ঃ )

——:(*):——

বৈশম্পায়ন উবাচ ।

সমাবৃত্তব্রতং তং তু বিসৃষ্টং গুরুণা কচম্ ! প্রস্থিতং ত্রিদশাবাসং দেবযান্যব্রবীদিদম্ ।।১।।

ঋষেরঙ্গিরসঃ পৌত্র ! বৃত্তেনাভিজনেন চ । ভ্রাজসে বিদ্যয়া চৈব তপসা চ দমেন চ ।।২।।

ঋষির্যথাঙ্গিরা মান্যঃ পিতুর্মম মহাযশাঃ । তথা মান্যশ্চ পূজ্যশ্চ মম ভূয়ো বৃহস্পতিঃ ।।৩।।

এবং জ্ঞাত্বা বিজানীহি যদ্ব্রবীমি তপোধন ! । ব্রতস্থে নিয়মোপেতে যথা বর্ত্তাম্যহং ত্বয়ি ।।৪।।

স সমাবৃতবিদ্যো মাং ভক্তাং ভজিতুমর্হসি । গৃহাণ পাণিং বিধিবন্মম মন্ত্রপুরস্কৃতম্ ।।৫।।

কচ উবাচ ।

পূজ্যো মান্যশ্চ ভগবান্ যথা তব পিতা মম । তথা ত্বমনবদ্যাঙ্গি ! পূজনীয়তরা মম ।।৬।।

প্রাণেভ্যোঽপি প্রিয়তরা ভার্গবস্য মহাত্মনঃ । ত্বং ভদ্রে ! ধর্ম্মতঃ পূজ্যা গুরুপুত্রী সদা মম ।। ৭ ।।

যথা মম গুরুর্নিত্যং মান্যঃ শুক্রঃ পিতা তব । দেবযানি ! তথৈব ত্বং নৈবং মাং বক্তুমর্হসি ।।৮।।

---

বৈশম্পায়ননা হায়খি — কচনা মাগী ব্রত লোইরবা কান্দা শুক্রাচার্য্যনস্তু মাভোন্দা বিদায় পীখি; কচস্তু স্বর্গদা অমুক হল্লগে হায়না তৌরবদা দেবযানীনা ব্বাসি হায়খি — মহর্ষি অঙ্গিরাগী মশুনিপা ! লমচৎনা, শাগৈনা, বিদ্যানা, তপস্যানা, অমদি ইন্দ্রিয়বু খুহুম চনবা ভস্বা শক্তিনা নংগী লৈতেং ওইরেদো ।।১—২।। ইপানা নবুধো মহর্ষি ওইবা অঙ্গিরাদা ইকায় খুম্নফম থোকপা অহুক্রম নংবু পোকপা বৃহস্পতিস্তু ঐগী ইফমদা ইকায় খুম্নফম অমদি পূজ্রাতৌনফম ওইরবনি ।।৩।। হে তপস্যা কল্লবা ! ঐনা হায়রিবসে মুম্না অমুক্তা তাও, পুন্নমক খংলতুনা মুম্না বিচার তৌরগা ঐস্তু হাযরিবনি । নংনা ঐথোয়গী অসিদা মতম কুইনা ব্রতনিযম পুন্নমক ভাক্তুনা লৈরিভৈদা, অম্বক কুইবসি ভক্তিগা লোয়ননা নংগী সেবাদা তৌরকলিবনি ।।৪।। হৌজিক্তি নংনা ফংনিংবা বিদ্যা পুন্নমক ফংলে অমদি হৈরে, ঐগী থব্বাই হকচাং অনিমক নংভোন্দা লুপখ্রবনি; অহুনা নহাকস্তু ঐনা নংভোন্দা তৌরিবা অসিগুম্না ঐবু মুংশি- বিফম থোকই । মরম অদুনা মন্ত্র পাঠ তৌথনা শাস্ত্রগীনিয়ম কায়দনা ঐ অসি নংগী ওইহনবরম্মু ।।৫।। মা অসি তাবলা কচনা হায়খি — নিংথিজরবী । নহাকপু পোকপা ঐগী গুরুনা ঐগী ইফমদা ইকায় খুম্নফম পূজ্রা তৌনফম ওইবা অদুগুম্না নংস্তু ঐভোন্দদি পূজ্রা তৌনফম অমা ওইরবনিনে ।।৬।। ইবেম্মা ! নহাক্তি মহাত্মা ওইরবা ঐগী গুরুদেব শুক্রাচার্য্যগী মথবাইদগী হেন্না মুংশিজরবী মচা নুপী অমনি অদুগা ঐভোন্দস্তু গুরু পুত্রী হায়বক্রমস্তু থোকলে মরম অদুনা ন্যায় অমদি ধর্ম্ম শাস্ত্রগী নিয়মেনস্তু পূজ্রা তৌনফম ওইরবনি ।।৭।। নহাকপু পোকপা শুক্রাচার্য্যসি ঐহাকী গুরুনি, মতমলৈবা নিথিজনা ঐগী পূজ্রা তৌনফম ওইরিবনি । অদুনা দেবযানী ! গুরুগা চপ মান্ননা গুরুগী মচা নিপা

কচ উবাচ।

গুরুপুত্রীতি কৃত্বাহং প্রত্যাচক্ষে ন দোষতঃ। গুরুণা চানমুজ্ঞাতঃ কামমেবং শপস্ব মাম্ ॥১৭॥
আর্ষং ধর্ম্মং ব্রুবাণোঽহং দেবযানি! যথা ত্বয়া। শপ্তো হ্যনর্হঃ শাপস্য কামতোঽদ্য ন ধর্ম্মতঃ ॥১৮॥
তস্মাদ্ভবত্যা যঃ কামো ন তথা স ভবিষ্যতি। ঋষিপুত্রো ন তে কশ্চিজ্জাতু পাণিং গ্রহীষ্যতি ॥১৯॥
ফলিষ্যতি ন তে বিদ্যা যত্ত্বং মামাথ তত্তথা। অধ্যাপয়িষ্যামি তু যং তস্য বিদ্যা ফলিষ্যতি ॥২০॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

এবমুক্ত্বা দ্বিজশ্রেষ্ঠো দেবযানীং কচস্তদা। ত্রিদশেশালয়ং শীঘ্রং জগাম দ্বিজসত্তমঃ ॥২১॥
তমাগতমভিপ্রেক্ষ্য দেবা ইন্দ্রপুরোগমাঃ। বৃহস্পতিং সভাজ্যেদং কচং বচনমব্রুবন্ ॥২২॥

দেবা উচুঃ।

যত্ত্বয়াঽস্মদ্ধিতং কর্ম্ম কৃতং বৈ পরমাদ্ভুতম্। ন তে যশঃ প্রণশিতা ভাগভাক্ চ ত্বং ভবিষ্যসি ॥২৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি সম্ভবে যাযাতে পঞ্চষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ ॥ ০ ॥

—০ঃ০—

বিদ্যাদো মহৈ থক যাম্লরোইদবনি থংঙু ॥১৬॥ কচনা হায়খি—দেবযানী! নংদি ঐগী গুরুগী মচা নুপীনি, অতুমক্তনা নংনা হায়বা ব্বা অদো ঐনা যাদবনি, অতুনা ঐগীদি করিমত্তা দোষ লৈতে; অসিদি লায়বক্তুনা বিষয় অসিদা গুরুদেবনা য়াথং অমত্তা পিদে, ঈঙ্গিত অমতম্ম উৎপা লৈখিদরি; অতুগনা গুরুগী মচানুপী নংনা ঐবু পামজত্তুনা অঙ্গ্বা শাপ তৌরবা। দেবযানী! ঋষি মুনিশিংনা যাবা ধর্ম্মগী ব্বা ঙাক্তুনি, ঐনা হায়খিবসি, অদুনা ঐ নংগী শাপ যংক্ষম থোক্তে নংনা ঐভোন্দা ঙাংলিবা পুমনমক অসি ধর্ম্ম হায়বা অঙনা ইনশিল্লকপা অমত্তা নত্তে. কাম হায়বা অদুনা ইনশিনলক্তুনা কামগী মথা পোন্দুনা অত্তগুম্বা মরম অদুগীদমক্তা ঐভোন্দা অভিশাপ তৌরিবা নংনা পামলিবা মথম অদো অদুমকস্ নংদনা ওইসনু; কমাগুম্বা ঋষিগী মচা অমম্বা অমত্তনা নংবু বিবাহ তৌররোইদবনি থংঙু ॥১৮—১৯॥ সঞ্জীবনী বিদ্যা মহৈ য়াম্ববা ওইসনু, হায়খনা নংনা ঐভোন্দা তৌখিবা শাপ অদু, অদুমক ওইবসন্ত্র, অদুদা ঐগী করিমত্তা অমাঙ্বা লৈতে। বিদ্যা অসিবু ঐনা তম্বীখিবা মী অহনদি মরাইনা মহৈ ফঙগনি ॥২০॥

বৈশম্পায়ননা হায়খি— ব্রাহ্মণ অথোইবা কচনা দেবযানীদা ব্বা অসি হায়রম্লগা থুনা য়াংনা ইন্দ্রলোক তাম্না চংখি ॥২১॥ ইন্দ্রনচিংবা লাইয়াম খিবিক্লা কচ লাকপা উবদা বৃহস্পতিবু স্বাগত তৌরগা কচনা ব্বা অসি হায়খি ॥২২॥ দেবতাশিংনা হায়খি—কচ নংনা ঐখোয়গী কান্নবা তৌভমম্বা মাঙকপা থবক অসি তৌররে, নংগী মিংচৎ তুং ফাউবা লৈহৌরগদৌবনি, থক মাংলরোই, ঐখোয়না তৌরক তৌরকপা যজ্ঞগী মহৈরোগী নংগী শরুক পুংখনি ॥২৩॥

অতাং মহিমা শ্রীমহাভারতকী সহস্র লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদিপর্ব্বদা, সম্ভবদা যযাতিগী অহুমথোইবা তরুক্স অধ্যায় লোইরে।

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব — সম্ভবে যাযাতে

(ছুম্ফু তরুক শুবা অধ্যায়)

——:(॥:*:॥):——

বৈশম্পায়ন উবাচ।

কৃতবিদ্যে কচে প্রাপ্তে হৃষ্টরূপা দিবৌকসঃ। কচাদধীত্য তাং বিদ্যাং কৃতার্থা ভরতর্ষভ। ॥১॥

সর্ব এব সমাগম্য শতক্রতুমথাব্রুবন্। কালস্তে বিক্রমস্যাদ্য জহি শত্রূন পুরন্দর। ॥২॥

এবমুক্তস্তু সহিতৈস্ত্রিদশৈর্মঘবাস্তদা। তথেত্যুক্ত্বা প্রচক্রাম সোঽপশ্যত বনে স্ত্রিয় ॥৩॥

ক্রীড়ন্তীনাস্তু কন্যানাং বনে চৈত্ররথোপমে। বায়ুভূতঃ স বস্ত্রাণি সর্বাণ্যেব ব্যমিশ্রয়ৎ ॥৪॥

ততো জলাৎ সমুত্তীর্য্য কন্যাস্তাঃ সহিতাস্তদা। বস্ত্রাণি জগৃহুস্তানি যথাসন্নান্যনেকশঃ ॥৫॥

তত্র বাসো দেবযান্যাঃ শর্মিষ্ঠা জগৃহে তদা। ব্যতিমিশ্রমজানন্তী দুহিতা বৃষপর্বণঃ ॥৬॥

ততস্তয়োর্মিথস্তত্র বিরোধঃ সমজায়ত। দেবযান্যাশ্চ রাজেন্দ্র শর্মিষ্ঠায়াশ্চ তৎকৃতে ॥৭॥

দেবযান্যুবাচ।

কস্মাদ্গৃহ্ণাসি মে বস্ত্রং শিষ্যা ভূত্বা মমাসুরি। সমুদাচারহীনায়া ন তে সাধু ভবিষ্যতি ॥৮॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়খি — মহারাজ! কচনা সঞ্জীবনী বিদ্যা তৈদুনা লাকপদু ডবদা মুংঙাইখিদুনা কচগী মফমদগী বিদ্যাসি তমখোকদুনা মখোয় ময়াম পুম্নমক নিংবা থুংনখি ॥১॥ অদুগী মতুংদা লাইয়াম খিবিক্না ইন্দ্রদা হায়খি — মহারাজ! তুজিক্তি মহারাজগী নপাঙল নখৌনা পুম্নমক পুথোকদুনা উৎননবগী মতম লাকলেদো; মরম অদনা লাইয়াম ঐখোয়গী যেরবা হিংচাবা পুম্নমক হাৎননবা থৌবাং তৌবিরো ॥২॥ লাইয়াম্না অসুম হায়ববদা ইন্দ্রনা 'ময়বে অদুমক তৌবনি' অসুম হায়দুনা যেরুবা হিংচাবাশিংগী মায়কৈদা অসুম লাক চংলবপা মতমদা করিগুম্বা লৈকোল অমদা মুপী থর লৈবম্বা উবরে ॥৩॥ কুবেরগী লৈকোলগা মান্নবা লৈকোল অদুগী মক্ষংদা কুমারী খরনা ঈশিংদা কুমথদুনা ঈরোয়দুনা শান্নরমই, মতম অদুদা ইন্দ্রনা নুংশিৎকী মশক লৌদুনা ঈশিং মপান্দা থমলিবা মখোয়গী মফি মরোল অদু পাইথোকহন্দুনা যিশিং অদু অমগা অমগা পুমতোং তোংশিন্নহনখবে ॥৪॥ অদুগী মতুংদা কন্যাশিং অদুনা ঈশিং মনুংদগী থাংথলক্লুনা মনাক মনাক্ত লৈবম্বা অফং অফংবা ফিশিং অদ শেংনখি ॥৫॥ মখোয়গী মনুংদা অসুব পুমমক্কী নিংথৌ বৃষপর্ব্বাগী মচানুপী শর্ম্মিষ্ঠানা যিশিং অদু অমগা অমগা তোংশিন্নখে, হায়বদু খংদদুনা দেবযানীগী মফি শেংলুবে ॥৬॥ মহারাজ! অদুগী মতুংদা ফি অদুগী হাক্তঙ্গা দেবযানীগা শর্ম্মিষ্ঠাগা যাম্না খিনা থৎনখি ॥৭॥ দেবযানীনা হায়খি — হিংচাবগী মচানুপী! নংনা ঐগী শিষ্য ওইরগা করিগী ঐগী ফি শেংলি? লমচৎ

শর্ম্মিষ্ঠোবাচ।

আসীনঞ্চ শয়ানঞ্চ পিতা তে পিতরং মম। স্তৌতি বন্দীব চাভীক্ষ্ণং নীচৈঃ স্থিত্বা বিনীতবৎ ॥৯॥

যাচতস্ত্বং হি দুহিতা স্তুবতঃ প্রতিগৃহ্ণতঃ। সুতাহং স্তূয়মানস্য দদতোঽপ্রতিগৃহ্ণতঃ ॥১০॥

আদুস্ব বিদুস্ব দ্রুহ্য কুপ্যস্ব যাচকি। অনায়ুধা সায়ুধায়া রিক্তা ক্ষুভ্যসি ভিক্ষুকি।

লপ্স্যসে প্রতিযোদ্ধারং নহি ত্বাং গণয়াম্যহম্ ॥১১॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

সমুচ্ছ্রয়ং দেবযানীং গতাং সক্তাঞ্চ বাসসি। শর্ম্মিষ্ঠা প্রাক্ষিপৎ কূপে ততঃ স্বপুরমাগমৎ ॥১২॥

হতেয়মিতি বিজ্ঞায় শর্ম্মিষ্ঠা পাপনিশ্চয়া। অনবেক্ষ্য যযৌ বেশ্ম ক্রোধবেগপরায়ণা ॥১৩॥

অথ তং দেশমভ্যাগাদ্‌যযাতির্নহুষাত্মজঃ। শ্রান্তযুগ্যঃ শ্রান্তহয়ো মৃগলিপ্সুঃ পিপাসিতঃ ॥১৪॥

স নাহুষঃ প্রেক্ষমাণ উদপানং গতোদকম্। দদর্শ রাজা তাং তত্র কন্যামগ্নিশিখামিব ॥১৫॥

তামপৃচ্ছৎ স দৃষ্ট্বৈব কন্যামমরবর্ণিনীম্। সান্ত্বয়িত্বা নৃপশ্রেষ্ঠঃ সাম্না পরমবল্গুনা ॥১৬॥

---

বাবহাবদি খংদ্রতুনা। নংগী মঙ্গল কবিমতা ওইবরোইদবনি থংগু ॥৮॥ শর্ম্মিষ্ঠানা খুমখি — কবি হায়যে দেবযানী! নংগী নপানা ইপা নিংথৌগী মথাদা লৈতুনা যাকায়বোন শকপা বন্দীশিংগী মতৌ-গুম মকোকনোন্দুনা ইপানা তুম্বা, হিপ্পা, চাবা মতম পুমনমকতা নপানা ইপাগী লৈশি লৈথোক্লিবনি ॥৯॥ নুমিৎচপ্পা খুৎলোম্নতুনা স্তুতি তৌবিবা, হায়জবিবা, ফংজবা মনা হবাউ হবাউনা লৌজবিবা, নিপা অদুগী মচা নুপীনি নংসি, অদুগা নপানা মাগীদমকতা স্তুতি তৌজরিবা অমদি দানদা মতৌবা মীওইগী প্রতিদান অমতা লৌদবা নিংথৌ অদুগী মচা নুপীনি ঐনা ॥১০॥ চাকনিবগী মচা নুপী চাকনিবী! নংগী নথৌদি, নবাইবক শুদুনা লম্বী মপান্দা তুদুনা লৈজরক চৎলু, নত্রগা ঐগী লম্মান খুমনবা হোৎনজরু, নত্রগা অদুম শাওদুনা শিজখবো, নংনা ঐওন্দা কৰি তৌজবগনি, হায়, লাইববী! নফি শেৎনিংঙায় লৈত্রগা ঐওন্দা খৎনবা হৌবি, নংদি ফি শেন্তুবী চবা হেনবীনি, অদুগা ঐদি খুজু খুৎলাই থম্লা লৈববী নিংথৌগী মচা নুপীনি; অদুগমম্বু ঐগী ইফমদা শাওদুনা পাগৎপাশাবি; নংনা ঐওন্দা নমান্নবদৌনা শিংনবি, নংবু ঐনা লাম্বা ওইনা ফাওবা লৌনিংদে ॥১১॥ দেবযানীনা যুক্তি প্রমাণগা লোয়ননা মাবুদি হেল্লি হায়বদু উক্তুনা শর্ম্মিষ্ঠাগী মফি লাক্তুনা চিংডুবে, অদুদগী শর্ম্মিষ্ঠা অসি শাউদুনা দেবযানীবু কুহা অমগী মনুংদা ইস্তুদুনা থাদবম্লগা ময়ুমদা চৎখ্রে ॥১২॥ শাওবনা তপথদ্রবী দেবযানী শোযদনা শিখ্রে, হায়বসি খল্লবী শর্ম্মিষ্ঠানা মওোললোমদা হন্না যেংলমদনা ময়ুমলোমদা অদুম চৎখ্রে ॥১৩॥ অসিগুম্বা তাপ্পাদা যযাতি কৌবা নিংথৌনা শগোল তোংহনা অদোমদা মৃগয়া চৎলমই, মশাদা তেন্না পানখ্রবা শক্তি অমবু অদুম তাম্নবকই, শগোল অদু যাম্না চোকথবে, মহাবাক্ত মশাগী ঈশিং যামনা খৌরাংলে, ঈশিং অস্রুম থিরকপদা কুহা অদুগী মনাক্তা থুংলবে ॥১৪॥ যযাতিনা ঈশিং যাওদ্রবা কুহা অদুগী মনুংদা যেংথখিবদা মৈরিগী মতৌগুম লংলবা মশেক মঙাল পুরবা নুপী মচা অমা তাদুনা লৈবদু উবরে ॥১৫॥

হেক উবদা নিংথিজবা, অথুম্বা থাহৈনা মাগী অম্বাবা কোকহন্দুনা স্বর্গগী দেবতাগী মচানুপীগুম্ববী

কা ত্বং তাম্রনখী শ্যামা সুমৃষ্টমণিকুণ্ডলা। দীর্ঘং ধ্যায়সি চাত্যর্থং কস্মাচ্ছোচসি চাতুরা ॥১৭॥

কথঞ্চ পতিতাস্যস্মিন্ কূপে বীরুত্তৃণাবৃতে। দুহিতা চৈব কস্য ত্বং বদ সত্যং সুমধ্যমে ! ॥১৮॥

দেবযান্যুবাচ।

যোঽসৌ দেবৈর্হতান্ দৈত্যানুত্থাপয়তি বিদ্যয়া। তস্য শুক্রস্য কন্যাহং স মাং নূনং ন বুধ্যতে ॥১৯॥

এষ মে দক্ষিণো রাজন্ ! পাণিস্তাম্রনখাঙ্গুলিঃ। সমুদ্ধর গৃহীত্বা মাং কুলীনস্ত্বং হি মে মতঃ ॥২০॥

জানামি ত্বামহং শান্তং বীর্য্যবন্তং মনস্বিনম্। তস্মান্মাং পতিতামস্মাৎ কূপাদুদ্ধর্ত্তুমর্হসি ॥২১॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

তামথো ব্রাহ্মণীং কন্যাং বিজ্ঞায় নহুষাত্মজঃ। গৃহীত্বা দক্ষিণে পাণাবুজ্জহার তদোঽবটাৎ ॥২২॥

উদ্ধৃত্য চৈনাং তরসা তস্মাৎ কূপান্নরাধিপঃ। আমন্ত্রয়িত্বা সুশ্রোণীং যযাতিঃ স্বপুরং যযৌ ॥২৩॥

গতে তু নাহুষে তস্মিন্ দেবযান্যপ্যনিন্দিতা। উবাচ শোকসন্তপ্তা ঘূর্ণিকামাগতাং পুরঃ ॥২৪॥

দেবযান্যুবাচ।

ত্বরিতং ঘূর্ণিকে ! গচ্ছ শীঘ্রমাচক্ষ্ব মে পিতুঃ। নেদানীং সম্প্রবেক্ষ্যামি নগরং বৃষপর্ব্বণঃ ॥২৫॥

---

কন্যা অদুদা হংলকই ॥১৬॥—নংবু কনানো ইবেম্মা ? নখুজিলশিংনা কোরিগী মতৌগুম নিংথিজবা, নশাগী কুচ্না যুদোক্লবা সনাগী মতৌগুম নিংথিজবি, লুরবা মনিগী কুণ্ডল নাইন অনিনা নাকোং অতুদা নিংগিজবি, কবিগীদমক নংনা কুহা অহৌগী মমুংদা চিন্তা তৌদুনা লৈবিবনো ? অদুগা বনাগুম্বা অমনা পিবম্বা অৱাবা চৈনাখোলনা অচক ৱানা তুমিন্না লৈবিবদো করিগীনো ? ॥১৭॥ নাপী শিংবী, উবি ৱারিনা থল্লবা কুহা অদুগী মমুংদা করম হায়না তাখিবনো ? নংবু কনাগী মচা মুপীনো ইবেম্মা ? নিংথিজবা ! ঐনা হংলিব পুম্নমকসি চুম্না খুম্মু ॥১৮॥ দেবযানীনা খুনকই—সঞ্জীবনা বিদ্যাগী পাম্বৈনা লাইয়াম্না হাৎখ্রবা হিংচাবাশিংবু অমুক অমুক হিংগৎহন্দুনা হৌগৎহনখিবা অসুর পুম্নমক্কী গুরু শুক্রাচার্য্য হায়বা অদুগী মচানুপীনি ঐ অসি; ইপা অদুনা ঐবু অসুমনা কুহাদা তাদুনা লৈবে হায়বসি খংদ্রে ।১৯॥ মহারাজ ! ঐগী ভাংলবা য়েৎথংবা খুৎ অসি পায়দুনা ঐবু কুহা অসিদগী অমুক্কা চিংথৎপিবম্মু; ঐনা অসুম খনবদা নহাক অসি অচৌবা শাগৈদা পোকপা নিপা অমনি ॥২০॥ অদুগা ঐনা অসুম খনবদা নহাক অসি যামনা তপলবা, নপাঙ্গল কল্লবা, বুদ্ধি লৌশিং লৈববা নীশক অমা শোযদনা ওইরমগনি। অদুনা নহাক্তন ঐগা ইখুৎ অসি পাইদুনা চিংগৎপা মতিক চাই ॥ ২১ ॥

বৈশম্পায়ননা হায়খি—মদু তারবদা যযাতিনা দেবযানীবু মাগী ৱাভাং অদুদা ব্রাহ্মণগী মচানুপীনি খংদুনা মহাক্কী য়েৎথংবা পাম্বোম পায়দুনা মহাকপু কুহা অদুদগী চিংথৎখি ॥২২॥ যযাতিনা কুহা অদুদগী যামনা কন্না শাওং শাদা অমদি নিংথৌ ফজরবী দেবযানীবু থাঙ্গৎপিরগা মাভোন্দগী বিদায় লৌদুনা কোনুংদা হনখি ॥২৩॥ যযাতিনা চৎখ্রবদা ঘূর্নিকা কৌবী মিনাই মুপী অমনা দেবযানীবু অসুম থিরকপদা মহাক্কী মনাক্তা থুংলরে, মতম অদুদা ৱাবরী, মথৱাই মুংভাইত্রবী দেবযানীনা হায়খি—ঘূর্ণিকা ! থুনা য়াংনা চত্তুনা ঐনা তৌবিবা অবস্থা অসি তম্মু হৎলো। ঐ অমুক বৃষপর্ব্বাগী ময়ুমদা

বৈশম্পায়ন উবাচ।

সা তত্র ত্বরিতং গত্বা ঘূর্ণিকাঽসুরমন্দিরম্। দৃষ্ট্বা কাব্যমুবাচেদং সম্ভ্রমাবিষ্টচেতনা ॥২৬॥

আচক্ষে তে মহাব্রহ্মন্! দেবযানীং বনে হতাম্। শর্ম্মিষ্ঠয়া মহাভাগ! দুহিত্রা বৃষপর্বণঃ ॥২৭॥

শ্রুত্বা দুহিতরং কাব্যস্তত্র শর্ম্মিষ্ঠয়া হতাম্। ত্বরয়া নির্যযৌ দুঃখান্মার্গমাণঃ সুতাং বনে ॥২৮॥

দৃষ্ট্বা দুহিতরং কাব্যো দেবযানীং ততো বনে। বাহুভ্যাং সম্পরিষজ্য দুঃখিতো বাক্যমব্রবীৎ ॥২৯॥

আত্মদোষৈর্নিয়চ্ছন্তি সর্বে দুঃখসুখে জনাঃ। মন্যে দুশ্চরিতং তেঽস্তি যস্যেয়ং নিষ্কৃতিঃ কৃতা ॥৩০॥

দেবযান্যুবাচ।

নিষ্কৃতির্মেঽস্তু বা মাস্তু শৃণুষ্বাবহিতো মম। শর্ম্মিষ্ঠয়া যদস্ম্যুক্তা দুহিত্রা বৃষপর্বণঃ ॥৩১॥

সত্যং কিলৈতৎ সা প্রাহ দৈত্যানামসি গায়নঃ। এবং হি মে কথয়তি শর্ম্মিষ্ঠা বার্ষপর্বণী।

বচনং তীক্ষ্ণপরুষং ক্রোধরক্তেক্ষণা ভৃশম্ ॥৩২॥

স্তুবতো দুহিতা নিত্যং যাচতঃ প্রতিগৃহ্নতঃ। অহন্তু স্তূয়মানস্য দদতোঽপ্রতিগৃহ্নতঃ ॥৩৩॥

ইতি মামাহ শর্ম্মিষ্ঠা দুহিতা বৃষপর্বণঃ। ক্রোধসংরক্তনয়না দর্পপূর্ণা পুনঃ পুনঃ ॥৩৪॥

যদ্যহং স্তুবতস্তাত! দুহিতা প্রতিগৃহ্নতঃ। প্রসাদয়িষ্যে শর্ম্মিষ্ঠামিত্যুক্তা তু সখী ময়া ॥৩৫॥

---

চংলবোইদবনি ।২৪—২৫॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি —ঘূর্ণিকানা মতম অদুদা অসুর নিংথৌগী কোনুংদা চৎখি, শুক্রাচায্য লৌবম্বা অদ উবদা ব্রা অসি হায়খি ॥২৬॥—হে পুকচেল চাউববা! পাউ অমতা তমজগে তাবিয়ু, নিংথৌ বৃষপর্ববাগী মচাম্নুপী শর্ম্মিষ্ঠানা দেবযানীবু লৈকোললগী মনুংদা যুবদা শোক্লুনা ডুহনা লৈগৌবে ॥২৭॥

শুক্রাচায্যনা মচা নুপী দেবযানীবু শর্ম্মিষ্ঠানা যুবদা শোক্লুনা লৈগৌবে হায়বড তাবদা থৌইদোক্লগা অমদি অশাওলগা লোয়ননা মাবু থিবা লৈকোল অদুদা চৎখি ॥ ২৮ ॥ অদু মতুংদা লৈকোল অদুগী মনুংদ মচা নুপী দেবযানীবু উবদা থোইদোক্লা ব্রানা চংশিল্লক্লুনা পাম্বোম অনিনা মাবু কৌনগৎলগা অসুমনা হায়খি ॥ ২৯ ॥—মীওইবা অমদি জীবপানবা পুম্নমক মানা মানা তৌজবা পাপ পুন্য, গুণ, দোষগী মখেনা লোক অসিদা অৱাবা নুংঙাইবা যংঙি। অদুনা দেবযানী! এনা অসুম খনবদা নংনা কবিসু দোষ অমা তৌকুরমালে, মদুগী প্রায়শ্চিত্ত শর্ম্মিষ্ঠানা তৌরম্বতনি ॥ ৩০ ॥ দেবযানীনা হায়খি — ঐগী প্রায়শ্চিত্ত তৌবতৌদবাদি লাইরি, বৃষপর্ববাগী মচা নুপী শর্ম্মিষ্ঠানা চৈদুনা হায়খিবা ব্রা মযাম অ অমুক্তা পুকনিংচংনা তাবিথো ॥ ৩১ ॥ মানা হায়খিবাদু অচুম্বরা? বাবাবু হিংচাবাশিংগী পাঠক ওইক রবরা? বৃষপর্ববাগী মচা নুপী শর্ম্মিষ্ঠানা শাওবনা মমিত্তা ঈকাদুনা ঐগী থমোই কাইননবা তমখিরবা ব্রাহৈ অসি হায়খি॥ ৩২ ॥ মহাক্না হায়খিদা অসিমকনি — মতম লৈবাখিবিক্তা ইপাগী স্তুতি তৌবা, থুৎলোক্লদুনা হায়জবা, কোক নোম্দুনা মনা লৌবা অদুগী মচা নুপীনি নংদি, মাগীদমক্তা স্তুতি তৌজরিবা দান তৌবমা মথৌ ওইরিবা, কনাগীসু প্রতিদান লৌদবা নিংথৌগী মচা নুপীনি ঐনা ॥ ৩৩ ॥ বৃষপর্ববাগী মচা নুপী শর্ম্মিষ্ঠানা মমিত্ত ই কাদুনা ব্রা অসি হায়খিবনি ॥ ৩৪ ॥বাবা? করিগুম্বা ঐ অসিনা মীগী

উক্ত্যাপ্যেবং ভৃশং মাং সা নিগৃহ্য বিজনে বনে। কূপে প্রক্ষেপয়ামাস প্রক্ষিপ্য গৃহমাগমৎ ॥ ৩৬ ॥

শুক্র উবাচ।

স্তবতো দুহিতা ন ত্বং যাচতঃ প্রতিগৃহ্নতঃ। অস্তোতুঃ স্তূয়মানস্য দুহিতা দেবযান্যসি ॥৩৭॥

বৃষপর্ব্বৈব তদ্বেদ শক্রো রাজা চ নাহুষঃ। অচিন্ত্যং ব্রহ্ম নির্দ্বন্দ্বমৈশ্বরং হি বলং মম ॥৩৮॥

জানামি জীবিনীং বিদ্যাং লোকেঽস্মিন্ শাশ্বতীং ধ্রুবম্। মৃতঃ সঞ্জীবতে জন্তুর্যয়া কমললোচনে। ॥৩৯॥

কথনং স্বগুণানাঞ্চ কৃত্বা তপতি সজ্জনঃ। ততো বক্তুমশক্তোঽস্মি ত্বং মে জানাসি যদ্বলম্ ॥৪০॥

তস্মাদুত্তিষ্ঠ গচ্ছামঃ স্বগৃহং কুলনন্দিনি! ক্ষমাং কৃত্বা বিশালাক্ষি! ক্ষমাসারা হি সাধবঃ ॥৪১॥

যচ্চ কিঞ্চিৎ সর্ব্বগতং ভূমৌ বা যদি বা দিবি। তস্যাহমীশ্বরো নিত্যং তুষ্টেনোক্তং স্বয়ম্ভুবা ॥৪২॥

অহং জলং বিমুঞ্চামি প্রজানাং হিতকাম্যয়া। পুষ্ণাম্যোষধয়ঃ সর্ব্বা ইতি সত্যং ব্রবীমি তে ॥৪৩॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

এবং বিষাদমাপন্নাং মন্যুনা সম্প্রপীড়িতাম্। বচনৈর্ম্মধুরৈঃ শ্লক্ষ্ণৈঃ সান্ত্বয়ামাস তাং পিতা ॥৪৪॥

---

স্তুতি তৌবা, মীবু লৈশি লৈথোনবা মীনা পিনকপা মনা মথুন্না জীবিকা ওইবা অমগী মচা মুপী ওইরবদি শর্ম্মিষ্ঠা হাযবি অতুদা খুৎলোন্নতুনা মাবু থেমজিনজকুগে, হ্বাসি এনা মাগী সখি অমদসু হাযখ্রবনি ॥৩৫॥

শর্ম্মিষ্ঠানা ঐবু অচিকপা বন অসিদা অস্মনা অপমান পিবমত্থনা অতুদগীসু অমুক চিংথুতুনা কুহাদা থাদরম্লগা চৎখ্রবনি ॥ ৩৬ ॥ শুক্রাচার্য্যনা হাযখি— দেবযানী! নংদি মীগী চিবোন তৌবা, মীওন্দা হাযজবা, মীগা মনা মথুমনা জীবিকা ওইবা মীগী মচা মুপী নত্তে; অথোইনতম বনাগী মফমদা স্তুতি তৌদ্রিবা, অমদি মী পুমনমকনা মাগী স্তুতিতুম তৌবা মাগী মচামুপীনি ॥৩৭॥ ঐগী শক্তিবু অসুর পুমনমককী নিংথৌ বৃষপর্ব্বানা, দেবতা পুমনমককী নিংথৌ ইন্দ্রনা অমদি মর্ত্ত্যলোক্কী নিংথৌ যযাতিনা অসুম হাযনা খংলিবনি মাগদি— শুক্রাচার্য্য ঐগী শক্তিদি খন্নফম থোকত্রবা, অমগা চাংদমনিংঙাই লৈত্রবা, অমস্ং জগদীশ্বর ব্রহ্মমকনি ॥৩৮॥ জগৎ অসিগী মনুংদা ইথন্তনা সঞ্জীবনী কৌবী লেংদ্রবী বিদ্যা অসিবু খংলিবনি। ইপাগী ফজববী! বিদ্যা অসিগী প্রভাবনা এনা অসিবা ফাওবা অমুক হিংহনবা ঙমলিবনি ॥ ৩৯ ॥ সাধু মহাত্মাশিংনা মশা মথন্তগী মগুণবু থাগৎ-লুবগা যামনা লুংঙাইবক্তে, অব্বাবা ফংঙি। মরম অতুনা এনা কবিগুন্দা এঙোন্দা লৈরিবা গুণ অসিবু কনাগী মফমদা থাগৎলুদ্রি, থাগৎপস্ ঙমলোই; নংতদি ঐগী শক্তি তসি খংঙু ॥৪০॥ মরম অতুনা দেবযানী! হৌগৎলো ইবেম্মা চৎলসি অব্বাবা শুংঙাইতবা পুমনমক খাংলতনা যুমদা য়ৌরসি সাধু মহাত্মাশিংগী অথোইবা মগুণ হাযববু অব্বাবা খাংবা, ঙাকপি হৈবা অসিতনি ॥ ৪১ ॥ মর্ত্ত্য-লোক অসিদা অমদি স্বর্গলোকনচিংবা মফম পুমনমক্তা লৈরিবা লেঙি পাল্লিবা পুমনমকপু সেম্লিবা ব্রহ্মা মশামক্না ঐগী তপস্যাদা পেনখ্রতুনা হ্বা অসি হাযখি ॥ ৪২ ॥—এনা জগৎ পুমনমক্কী মঙ্গলগী

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
সম্ভ.ব যাযাতে যঠ্যষ্টিতমোঽধ্যায় ॥০॥

——:*:——

দমক নোং ওইনা চুথরক্লিবনি, ব্বা অসি অচুম্বনি দেবযানী। ।৪৩॥ বৈশম্পাযণনা হাযখি— শুক্রাচাযানা মতৌ অস্নমনা অথোংপা সুংশিবা ব্বাহৈনা, মীনা লাকচখিবগী সুংঙাইত্রবী, মাইথোং লাংশিল্লবী মচানুপাঁ দেবযানীবু থেমজিনখি ॥৪৪॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভাবততা শ্লোক লিশিং চামনা থল্লবা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদি পর্ব্বদা সম্ভবতা যযাতিগী হুম্ফুতকক শুবা অধ্যায লোইবে ॥০॥

——০*০——

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব—সম্ভবে যাযাতে

(হুম্ফুতরেহ শুবা অধ্যায়)

—(০)—

শুক্র উবাচ।

যঃ পরেষাং নরো নিত্যমতিবাদাংস্তিতিক্ষতে। দেবযানী! বিজানীহি তেন সর্বমিদং জিতম্ ॥১॥
যঃ সমুৎপতিতং ক্রোধং নিগৃহ্ণাতি হযং যথা। স যন্তেত্যুচ্যতে সদ্ভির্ন যো রশ্মিষু লম্বতে ॥২॥
যঃ সমুৎপতিতং ক্রোধমক্রোধেন নিরস্যতি। দেবযানি! বিজানীহি তেন সর্বমিদং জিতম্ ॥৩॥
যঃ সমুৎপতিতং ক্রোধং ক্ষমযেহ নিরস্যতি। যথোরগস্ত্বচং জীর্ণাং স বৈ পুরুষ উচ্যতে ॥৪॥
যঃ সন্ধারয়তে মন্যুং যোঽতিবাদাংস্তিতিক্ষতে। যশ্চ তপ্তো ন তপতি দৃঢং সোঽর্থস্য ভাজনম্ ॥৫॥

শুক্রাচার্য্যনা হাযখি —দেবযানী। মাসিমগা নং মুন্না থংঙু —অদুগুম্বা মী মহাক অদুনা অতোপপগী চৈবা ভাংবা ওৎপা পুন্ন মকপু শান্তিগা লোযননা খাংলক্লবা মহাক্তনা মমৈথংদা জগৎ পুম্নবু জয তৌবা ঙম্লকপনি ॥১॥ অদুগুম্বা মী মহাক অদুনা লাকঙম ফাঙমদ্রবা শগোলগী মত্রোগুম্লবা মবাই হাযগৎলক্লবা অশাওবা হাযবা অদুবু দমন তৌব' ঙম্লবা মহাক অৎতব্নু সাধু মহাত্মাশিংনা 'সাবথি' কৌই, খুর্জ্জিদা পাযরগা শগোলগী মতুংদা ইনবা মহাক অদুবু সাবথী খক কৌনদে ॥২॥ দেবযানী! নং অসিমম্নু থংউ, ঙাকপিহৈবা গুণনা অশাওববু জয় তৌবা ঙমলবা মহাক অদুনম্নু খুৎলাই য়াওদনা জগৎ পুম্নবু জয তৌবা ঙম্বনি ॥৩॥ লিলনা মকু অমুক অমুক হুবগা অমুক অমুক তেকখৎপা অদুগুমনা তপথবা ঙাকপিহৈবগী গুণনা অশাওবগী কুযোমবু হুকতোকপা ঙমবা মী অদুতবু থাঙ্গেশেংবা মী কৌবনি ॥৪॥ অদুগুম্বা মহাক অদুনা অশাওবগী ইফুৎপু থিংলিবা, অদুগুম্বা মী

মরণং শোভনং তস্য ইতি বিদ্বজ্জনা বিদুঃ। অবমানমবাপ্নোতি শনৈর্নীচসমাগমাৎ ॥২৩॥

অতিবাদা বক্ত্রতো নিঃসবন্তি যৈবাহতঃ শোচতি রাত্র্যহানি।

পরস্য বৈ মর্ম্মসু তে পতন্তি তস্মাদ্ধীরো নৈব সৃজেৎ পরেষু ॥২৪॥

নিরোহেদ্বাযুধৈশ্ছিন্ন সংরোহেদ্দগ্ধমগ্নিনা। বাক্ক্ষতঞ্চ ন সংরোহেদাশরীরং শরীরিণাম্ ॥২৫॥

সংরোহতি শরৈর্বিদ্ধং নবং পরশুনা হতম্। বাচা দুরুক্তং বীভৎসং ন সংরোহতে বাক্ক্ষতম্।২৬।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

সম্ভবে যযাত্যে সপ্তষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ ॥৬৭॥

—:০:—

কল্লক যেংথি চাওববা ইনাবখুনবগী সেবা তৌবি, মাসিদগী হেনবা মবোল তত্নমদা অৱাবা অমদি পাপবী থবক অমা লৈত্রে হাযনা ঐনা খল্লি॥ ২২ ॥ অংগুম্বা মীশিং অহনা অত্তোনবা মীগা থিন্নদুনা মগং মগং অচোপ্পদা নংলবা মখোয অত্নদি শিবনা হেন্না যবে অস্তুম হাযনা পংতি শিংনা খন্নৈ ॥ ২৩ ॥ যত্ত্বো মীশিংগী যচীন্দগী থোরকপা তমথিরবা ৱাহৈশিং অত্নগী তাডনা যংলবশিং অত্নুনা তহিং মুংথিল পেৎথাযম খংদনা ৱাই, অদুগা যক্তবা মীশিং অদুনা ববম তৌবে হংযবগা মীবু প্রোক প্রোক চাবহনগাদগে হাযবগী কন্না হোৎনৈ, মবম অত্নুনা মশাগী চাউখৎপা মশানা শেমজবা পান্না মরিন লৈবা মী অদুনা অসিংগুম্বা যক্তবা মীতাশিং অদুগা থক তিন্ননিংদে অমদি তিন্নদে॥ ২৪ ॥ খুৎলাইনা পান্দুনা ককখৎখ্রবা অমদি মৈনা চাকখ্রবা শকক অম্ব অমুক মযোল চোংলকই অমদি হৌবকই, অদুগা অতোপ্পা অমগী অশাবা ৱাহৈগী মশক ওইরবা ৱাহৈনা থাখৎলা হকচাংগী শকক অদুদি থৱাইনা লৈবিবা মখৈ থক মযোল চোংলক্তে॥ ২৫ ॥ তেন্না ককখিবা অমদি লীংজংনা যানখিবা হকচাংগী সবক অদো অমুক শযোন চিংখৎলকই অদুগা অযাবপা ৱাহৈগী তাশোন্না থিনখ্রবা থমোই অত্নদি অমুব যববপা নাইদ্রে ॥ ২৬॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারততা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা-

আদিপর্ব্বদা সম্ভবতা যযাতিগী হুন্দ্রতরেৎ শুবা অধ্যায লোইবে॥

——*——

# শ্রীমহাভারতম্

## আদিপর্ব্ব— সম্ভবে যাযাতে

### ( হুমফুনিপাল শুবা অধ্যায় )

——:✲:——

বৈশম্পায়ন উবাচ।

ততঃ কাব্যো ভৃগুশ্রেষ্ঠঃ সমন্যুরুপগম্য হ। বৃষপর্ব্বাণমাসীনমিত্যুবাচাবিচারয়ন্ ॥১॥

নাধর্ম্মশ্চরিতো রাজন্। সদ্যঃ ফলতি গৌরিব। শনৈরাবর্ত্তমানো হি কর্ত্তুর্মূলানি কৃন্ততি ॥২॥

পুত্রেষু বা নপ্তৃষু বা ন চেদাত্মনি পশ্যতি। ফলত্যেব ধ্রুবং পাপং গুরু ভুক্তমিবোদরে ॥৩॥

যদঘাতয়থা বিপ্রং কচমাঙ্গিরসং তদা। অপাপশীলং ধর্ম্মজ্ঞং শুশ্রূষুং মদ্গৃহে রতম্ ॥৪॥

শর্ম্মিষ্ঠয়া দেবযানী ক্রূরমুক্তা বহু প্রভো। নিক্ষিপ্তা চ সখীস্থানাৎ কূপে ক্ষিপ্তা মনস্বিনী ॥৫॥

সা ন কাময়তে বাসং ত্বয়াহং রক্ষিতুং কথম্। বাসমিহ তস্মাত্ত্যজামি বিষয়ং নৃপ ॥৬॥

বধাদনর্হতস্তস্য বধাচ্চ দুহিতুর্মম। বৃষপর্বন্! নিবোধেদং ত্যক্ষ্যামি ত্বাং সবান্ধবম্ ॥৭॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়খি —অদুগী মতুংদা ভৃগুবংশগী অথোইবা শুক্রাচার্য্যনা শানো শাওনা লাক্তুনা মফম অদুদা থুংলবে, অদু মতুংগী খাখল ববিমতা তৌদনা, সিংহাসন মথক্তা যমহনা লৈবিবা বৃষপর্ব্বাদা চংশিন্দুনা হায়খি — মহারাজ। শন্না খুদক্তা মচা হেক পোক্তবা অদুগুম্না তৌখিবা পাপসু খুদক্তা মহৈ হেক হেক পীদরবনি, অদুবু হন্না হন্না অসুম মতৌশিল্লব্রবদি পাপ অদুনা তপ্না তপ্না পাপী অদুবু মরু ফংনা অসুম-সুম চাকথংলবপনি ॥১—২॥ পাপকী থবক তৌবিবা মী অদুনা খুদক্তা মশামক্তদা তাবকপা মহৈ অদুবু উদ্রবসু ভুমদবা পোৎ চাবগা চাখিবা পোৎ অদুনা পূক্লুংদা তপ্না তপ্না লায়না মথং মথং পোকহল্লবপা অদুগুম্না, পাপ অদুসু পাপী অদুগী মচাদা মশুদা চংদুনা মতম মতমদা মহৈ শোযদনা পী ॥৩॥ মরমচৎ যজববা, ধর্ম্ম চেল্লবা, গুরুগী সেবাদা পুক্নিং চংলবা অমদি এমক্কী য়ুমদা লৈরবা, আঙ্গিরানী মশুনিপা কচবু মহারাজনা হাৎহনখিবা ॥৪॥ অদুগা অমুবসু নচানুপী শর্ম্মিষ্ঠানা, মপুবচেল শেংলবী ইচানুপী দেবযানীবু তমথিবরা রাহৈনা থীনা চৈবগা, অশাওবনা ইচানুপীবু নমহনা চিংদুনা গুহাদা থাদরম্বা ॥৫॥ অদুনা যেঙু, মহারাজ। দেবযানীদো নংগী লৈপাকসিদা লৈবরোইদরবনি, অদুনা মানা লৈত্রবদা এনা করি তৌদুনা নংগী লৈবাক অসিদা লৈগদৌরিবনো? অদুনা ঐ ভসিমখৈ নবৈপাক থাদোক্লবনি ॥৬॥

বৃষপর্ব্বরা! হাৎফম ইথোক থোকত্রবা, মরাল লৈত্রবা কচবু হাৎখিবা অমদি ঐগী ইচা মপীমরপুসু হাৎকে হায়না থৌরাংবা, ফৈ, ঐসু ঐগী শাগৈ নাতৈ পুন্নমক্তা লোযননা ভসিদগী নংবু থাদোক্লবনি,

স্থাতুং ত্বদ্বিষয়ে রাজন্! ন শক্ষ্যামি ত্বয়া সহ। মা শোচ বৃষপর্ব্বন্! ত্বং মা ক্রুধ্যস্ব বিশাম্পতে! ॥৮॥
স্থাতুং তে বিষয়ে রাজন্! ন শক্ষ্যামি তয়া বিনা। অস্যা গতির্গতির্মহ্যং প্রিয়মস্যাঃ প্রিয়ং মম ॥৯॥

বৃষপর্ব্বোবাচ।

যদি ব্রহ্মন্! যাতয়ামি যদি বাক্রোশয়াম্যহম্। শর্ম্মিষ্ঠয়া দেবযানীং তেন গচ্ছাম্যসদ্গতিম্ ॥১০॥

শুক্র উবাচ।

অহো! মামভিজানাসি দৈত্য! মিথ্যাপ্রলাপিনম্। যথেমমাত্মনা দোষং ন নিযচ্ছস্যুপেক্ষসে ॥১১॥

বৃষপর্ব্বোবাচ।

নাধর্ম্মং ন মৃষাবাদং ত্বয়ি জানামি ভার্গব। ত্বয়ি ধর্ম্মশ্চ সত্যঞ্চ তৎ প্রসীদতু নো ভবান্ ॥১২॥
যদ্যস্মানপহায় ত্বমিতো গচ্ছসি ভার্গব! সমুদ্রং সম্প্রবেক্ষ্যামো নান্যদস্তি পরায়ণম্ ॥১৩॥

শুক্র উবাচ।

সমুদ্রং প্রবিশধ্বং বা দিশো বা দ্রবতাসুরাঃ! দুহিতুর্নাপ্রিয়ং সোঢ়ুং শক্তোঽহং দয়িতা হি মে ॥১৪॥
প্রসাদ্যতাং দেবযানী জীবিতং যত্র মে স্থিতম্। যোগক্ষেমকরস্তেঽহমিন্দ্রস্যেব বৃহস্পতিঃ ॥১৫॥

---

খড় ॥৭॥ নিংথৌ! ঐ নংগুম্বগী নৈপাক অসিদা লৈবা ঙম্মরোই। অদুগা মাসি তৌই হায়দুনা ঐবুস্তু শাগুগস্তু ॥৮॥ নিংথৌ! ঐ, দেবযানী যাওদনা নংগী লৈপাক অসিদা লৈবা ঙম্মোই। মরমদি দেবযানীনা চৎখিবা লম্বী অমদি অবস্থা অদো ঐগীসু লম্বী অদুনি অমদি অবস্থা অদুমক্কি, মানা নুংশিরুবিবা পাম্মুবিবদা মাদু ঐগীসু নুংশিবনি, অপাম্বনি ॥৯॥

বৃষপর্ব্বানা হায়খি— ব্রাহ্মণ! কবি ব্রানো! ঐনা কচবু হাৎননবা থৌবাং খজিক্কুং মতৌখিবা, অমদি শর্ম্মিষ্ঠাদা দেবযানীবু থীনা চেয় হায়ঙনা খজিক্কা মথিনাশনখিবা অদু ওইববদি, ঐ অসি লৈখা তাবা ওইরসনু ॥১০॥

শুক্রাচার্য্যনা হায়খি— দৈত্য! নংনা ঐবু মীনম্বা ঙাংবা হায়গনি, মরমনা হায়ববু নংনা হৌজিক ফাওবা নংগী নবানবু কুপশিন্নবা তোংনবি, অহোইনদুম্ ঐঙোন্দা ইবান্দুম্ পীবি, উশিন্দুনা ঐনা হায়বা ফাওবা থৌওইদি ॥ ১১ ॥ বৃষপর্ব্বানা হায়খি ভৃগু শাগী অগোইবা হে ব্রাহ্মণ! নংঙোন্দা ধর্ম্ম নত্তবগী ব্বাখল অমদি মীনম্বা ঙাংবগী মওং অসি লৈদমগনি হায়বা ঐ কন্মিত্তা থাজদে, ধর্ম্ম হায়বা, সত্য হায়বা, অনি অসিনা নংগী থমোইদা মতমলৈবাখিবিক্তা লৈরমগনি হায়বসি ঐ যাম্না থাজে। মরম অদুনা ঐনা লানবা ঙাক্তনি, ঐবু ঙাকপিয়ু ॥ ১২ ॥ ভৃগু শাগী নুংঙাযনবগী মশক ওইববা! ব্রাহ্মণ নংনা ঐখোযগী লৈবাকপু থাদোক্কনা অমদি ঐখোযবু হুন্দোকপিরমদুনা চৎপিখিববদি ঐখোয পুমনমক সমুদ্রদা চোংথদুনা শিজগৌবনি। কবি মরমনা হায়ববু অদুব ঐখোযগী চংনফম হায়ববু সমুদ্র নত্তনা কবিস্তু লৈতে ॥১৩॥ শুক্রাচার্য্যনা হায়খি— অসুর পুম্নমক! সমুদ্রদা চোংথগ চোংথৌ, লাপ্লবা মাযকৈ লমদম অমদা চংক চৎখো, নখোযনা থোকপা ত্তৌ, ঐহাদি দেবযানীগী অৱাবসি পুদুনা থাংহনা লৈবা ঙমোই; মরমদি মহাক অসি ঐগী নুংশিজবা ইচানুপী অমনি ॥১৪॥ নখোযনা তৌগে হায়বগা দেবযানীবু পেমজিল্লু চংলু, মরমদি ঐগী পুন্সিগী শকক অযাম্বা মাগী মথক্তা নন্দুনা লৈরিবনি। বৃহস্পতিনা ইন্দ্রগী কান্নবদা খল্লিবা অদুগুমদুনা ঐসু অসুর নখোযগী কান্নবতা খল্লিবনি, অদুনা

বৃষপর্ব্বোবাচ।

যৎকিঞ্চিদসুরেন্দ্রাণাং বিদ্যতে বসু ভার্গব! ভুবি হস্তিগবাশ্বঞ্চ তস্য ত্বং মম চেশ্বরঃ ॥১৬॥

শুক্র উবাচ।

যৎ কিঞ্চিদস্তি দ্রবিণং দৈত্যেন্দ্রাণাং মহাসুর! তস্যেশ্বরোঽস্মি যদ্যেষা দেবযানী প্রসাদ্যতাম্ ॥১৭॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

এবমুক্তস্তথেত্যাহ বৃষপর্ব্বা মহাকবিম্। দেবযান্যন্তিকং গত্বা তমর্থং প্রাহ ভার্গবঃ ॥ ১৮ ॥

দেবযান্যুবাচ।

যদি ত্বমীশ্বরস্তাত! রাজ্ঞো বিত্তস্য ভার্গব!। নাভিজানামি তত্তেঽহং রাজা তু বদতু স্বয়ম্ ॥১৯॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

শুক্রস্য বচনং শ্রুত্বা বৃষপর্ব্বা সবান্ধবঃ। দেবযানি! প্রসাদেতি পপাত ভুবি পাদয়োঃ ॥২০॥

বৃষপর্ব্বোবাচ।

যং কামমভিকামাসি দেবযানি! শুচিস্মিতে! তৎ তেঽহং সম্প্রদাস্যামি যদি বাপি হি দুর্লভম্ ॥২১॥

দেবযান্যুবাচ।

দাসীং কন্যাসহস্রেণ শর্ম্মিষ্ঠামভিকাময়ে। অনু মাং তত্র গচ্ছেৎ সা যত্র দাস্যতি মে পিতা ॥২২॥

বৃষপর্ব্বোবাচ।

উত্তিষ্ঠ ত্বং গচ্ছ ধাত্রি! শর্ম্মিষ্ঠাং শীঘ্রমানয়। যঞ্চ কাময়তে কামং দেবযানী করোতু তম্ ॥২৩॥

---

উপায় হায়বনু ঐনা পার্থিব অসিনি॥১৫॥ বৃষপর্ব্বানা হায়খি— হে ভৃগুশাইগী অথোইবা! অসুর ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা লৈবা ধনসম্পদ পুম্নমক অমদি শগোল শাম্নু, যৎ-ইরোইশিংবা লৈবা পুম্নমক সিগী অমদি এপোয়গী ইশ্বর ইশানবা নঙ নত্তে॥১৬॥ শুক্রাচার্য্যনা হায়খি— অসুরগী নিংথৌ! দৈত্য নংগোম্বা লৈবা লৈবাক পুম্নমক অসিগী মপুবু ঐনি হায়বগা ঐনা হায়বিবা অসিনি— চৎলো দেবযানীগী থৌজাল নিজো॥১৭॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি— শুক্রাচার্য্যনা অসুরনা যাথং পিবদা অদুমক তৌজগনি হায়রকপা বৃষপর্ব্বানা খুমখি, অদুগা মতুংদা শুক্রাচার্য্যনা দেবযানীগী মনাক্তা চৎখিদুনা থৌদোক অসিগী মরমদা হায়বা যারমখি হায়রবে॥১৮॥ দেবযানীনা হায়খি— বাবা! বাবনা নিংথৌ অসিগী লৈবা সম্পত্তি পুম্নমক অসিগী মপু ওইরবদি নিংথৌ মশানা খংহনবা ঐগী খল্লে হায়হনবিরো, বাবানা হায়বদি থাজদে॥১৯॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি— দেবযানীনা হায়বিবা ৱা অসি শুক্রাচার্য্যগী মচিন্দগী তাবদুনা বৃষপর্ব্বানা পাত্র মিত্র পুম্নমক লোয়ননা লাক্তুনা হায়রে— দেবী, দেবযানী! ঐখোয়বু শাংবিগন্নু, ঐখোয়না থাজবা ডাক্কনি, অসি হায়না হায়না বৃষপর্ব্বানাচিংবা অসুরশিং অদো দেবযানীগী মখোংদা তুপ্লে॥২০॥

বৃষপর্ব্বানা হায়খি — দেবযানী! নংনা হেক পাম্বা পোৎ অদো, ফংঙমদ্রবা পোৎমক ওইরবসু মাদু নংঙোন্দা শোয়দনা পিগনি॥ ২১ ॥ দেবযানীনা হায়খি — কন্যা লিশিং অমগা লোয়ননা শর্ম্মিষ্ঠাবু ঐগী মীনাইম্নুবী ওইহনবা পামই, ইপানা ঐবু বিবাহ তৌহনা পিবা নিপা অদুগী অমদি ঐগী ইতুংদা কোইন ইম্নদুনা সেবা তৌগদোবনি॥২২॥ বৃষপর্ব্বানা হায়খি — চৎলো যোকচবী! হৌগৎলু.

বৈশম্পায়ন উবাচ।

ততো ধাত্রী তত্র গত্বা শর্ম্মিষ্ঠাং বাক্যমব্রবীৎ। উত্তিষ্ঠ ভদ্রে! শর্ম্মিষ্ঠে! জ্ঞাতীনাং সুখমাবহ ॥২৭॥

ত্যজতি ব্রাহ্মণঃ শিষ্যান্ দেবযান্যা প্রচোদিতঃ। সা যং কাময়তে কামং স কার্য্যোঽদ্য ত্বয়ানঘে ॥ ২৫ ॥

শর্ম্মিষ্ঠোবাচ।

যং সা কাময়তে কামং করবাণ্যহমদ্য তম্। যদ্যেবমাহ্বয়চ্ছুক্রো দেবযানীকৃতে হি মাম্।

মদ্দোষান্মাগমচ্ছুক্রো দেবযানী চ মৎকৃতে ॥২৬॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

ততঃ কন্যাসহস্রেণ বৃতা শিবিকয়া তদা। পিতুর্নিয়োগাত্ত্বরিতা নিশ্চক্রাম পুরোত্তমাৎ ॥২৭॥

শর্ম্মিষ্ঠোবাচ।

অহং দাসীসহস্রেণ দাসী তে পরিচারিকা। অনু ত্বাং তত্র যাস্যামি যত্র দাস্যতি তে পিতা ॥২৮॥

দেবযান্যুবাচ।

স্তুবতো দুহিতাহহং তে যাচত প্রতিগৃহ্নতঃ। স্তূয়মানস্য দুহিতা কথং দাসী ভবিষ্যসি ॥২৯॥

শর্ম্মিষ্ঠোবাচ।

যেন কেনচিদার্ত্তানাং জ্ঞাতীনাং সুখমাবহেৎ। অতস্ত্বামনুযাস্যামি যত্র দাস্যতি তে পিতা ॥৩০॥

---

হৌজিকমক শর্ম্মিষ্ঠাবু মযম অসিদা পুবকউ। দেবযানীনা হায়বা অদুতা শর্ম্মিষ্ঠানা মযম অসিদা লাক্তুনা তৌবগদৌবনি ॥ ২৩॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি — ধাত্রীনা চংখিদুনা শর্ম্মিষ্ঠাদা হায়ববে — ইবেম্মা! হৌগৎলু চংসি চৎলু, শাগৈ নাতৈ পুম্নমক্কী পেন্নবা তৌক ॥ ২৪॥ দেবযানীনা শাওবদগী অমদি ইনশিনবদগী ঙসি শুক্রাচার্য্যনা অগব পুমনমকপু থাদোক্কনা চৎখিগদৌবি, অদুনা দেবযানীনা হায়বা অদুদা তৌববা তাবে ॥ ২৫ ॥ শর্ম্মিষ্ঠানা হায়খি — দেবযানীনা হায়বা অদুদা ঙসিদগী ঐ তৌখ্রগদৌবনি, অদুগা দেবযানীগীদমক্তা শুক্রাচার্য্যনা হায়বা পুমনমক তৌগনি, ঐনা তৌবা দোষনা শুক্রাচার্য্য অমদি দেবযানীনা অসুরশিংবু থাদোক্কনা চৎখিবদি তৌহল্লোই ॥২৬॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি— অদুগী মতুংদা মপাগী যাগং মতুংইন্না শর্ম্মিষ্ঠানা কন্যা লিশিং অমনা ইবোয বোযশিল্লদুনা দোলাই অমগী মথক্তা তোংদুনা কোন্নুংদগী থোরকলে ॥২৭॥ লাক্তুনা শর্ম্মিষ্ঠানা দেবযানীগী মফমদা হায়খি —

দেবযানী! ঙসিদগী হৌনা মীনাইনুবী লিশিং অসিমগা লোযননা নংগী ননাই ওইরবনি; গুরুদেব শুক্রাচার্য্যনা নহাকপু থাজবা লম অদুদা ঐখোয় পুমনমক চত্নুনা নংগী অমদি নপুরোইবগী সেখা কোইনা ইন্দুনা তৌজগনি ॥২৮॥ দেবযানীনা হায়খি —শর্ম্মিষ্ঠা! নংনা হায়খিবা গুম্নদুনা ঐদি মীভোন্দা স্তুতি তৌবা, চিবোন তৌবা,* মীগী মনা মথুম পীবা, মী খুাইগী চংজফমগী মচানুপীনি। অদুনদি করমনা নংনা ঐগী মীনাইনুবী ওইগদৌবিবনো? ॥২৯॥ শর্ম্মিষ্ঠানা হায়খি —তৌহৈদবা তৌঙমদবা থবক পুমনমক তৌদুনা শাগৈবু অৱাবদগী কনগদৌবনি মবম অদুনা হায়নখিবগী মতুং ইন্নদুনা নংবু পোকপা শুক্রাচার্য্যনা নংবু পীবা মীশক অদুগী অমদি নহাক্কী নতুং কোইন ইন্দুনা সেবা তৌগে ॥৩০॥ বৈশম্পায়ননা

বৈশম্পায়ন উবাচ।

প্রতিশ্রুতে দাসভাবে দুহিত্রা বৃষপর্বণঃ। দেবযানী নৃপশ্রেষ্ঠ! পিতরং বাক্যমব্রবীৎ ॥৩১॥

দেবযান্যুবাচ।

প্রবিশামি পুরং তাত! তুষ্টাস্মি দ্বিজসত্তম! অমোঘং তব বিজ্ঞানমস্তি বিদ্যাবলঞ্চ তে ॥৩২॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

এবমুক্তো দুহিত্রা স দ্বিজশ্রেষ্ঠো মহাযশাঃ। প্রবিবেশ পুরং হৃষ্টঃ পূজিতঃ সর্বদানবৈঃ ॥৩৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

সম্ভবে যযাতে অষ্টষষ্টিতমোঽধ্যায় ॥০॥

—(০)—

হায়খি—মহারাজ। শর্ম্মিষ্ঠানা দেবযানীগী মীনাই ওইগে হায়বদা দেবযানীনা মপা শুক্রাচার্য্যদা হায়খি—বাবা। ঐ যামনা নুংঙাইজরে হৌজিক্তি ঐ নগর চংজবগে বাবাগী জ্ঞানসু অমদি সঞ্জীবনী বিদ্যাসু অনিমক অমতা কান্নদবা ওইপ্রে অমদি ওইসু ওইরবাই ॥৩১—৩২॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি—দেবযানীনা অসুম হায়ববদা অসুরশিংনা অদুগী সুমিত্তগী শুক্রাচার্য্যবু হান্নদগী হেন্না ইকায় খুম্নখি অমদি তবাম তবাম তৌনখি, দৈত্যদানব পুম্নমক্না ইকাই খুম্নরবা শুক্রাচার্য্যনা মচানুপীগা লোয়ননা কোংগুংদা চংখি ॥৩৩॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারততা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদি পর্ববদা সম্ভবতা যযাতিগী হুমফুনিপাল শুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

—(০—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব— সম্ভবে প্রাণ্যাদ্যুৎপত্তি

(হুমফুমাপল শুবা অধ্যায়)

—:০:—

বৈশম্পায়ন উবাচ।

অথ দীর্ঘস্য কালস্য দেবযানী নৃপোত্তম! বনং তদেব নির্যাতা ক্রীড়ার্থং বরবর্ণিনী ॥১॥

তেন দাসীসহস্রেণ সার্দ্ধং শর্ম্মিষ্ঠয়া তদা। তমেব দেশং সম্প্রাপ্তা যথাকামং চচার সা ॥২॥

বৈশম্পায়ননা হায়খি—মহারাজ! মতৌ অসুমনা চহি মতম কয়া হৌখ্রবা মতুংদা নিংথিজরবী দেবযানীনা নোংমা শান্নবগে হায়দুনা বন অমদা চংখি ॥১॥ শর্ম্মিষ্ঠাসু লোয়নবি লিশিং অমগা লোয়ননা দেবযানীগী মতুং ইনখি, দেবযানীসু চৎনিং চৎনিংবা মফমদা চৎতুনা কোয়শান শান্নখি ॥ ২॥ ॥

তাভিঃ সখীভিঃ সহিতা সর্ব্বাভির্মুদিতা ভৃশম্। ক্রীড়ন্ত্যোঽভিরতাঃ সর্ব্বাঃ পিবন্ত্যো মধুমাধবীম্।
খাদন্ত্যো বিবিধান্ ভক্ষ্যান্ বিদশন্ত্যঃ ফলানি চ ॥৩॥

পুনশ্চ নাহুষো রাজা মৃগলিপ্সুর্যদৃচ্ছয়া। তমেব দেশং সম্প্রাপ্তো জলার্থী শ্রমকর্ষিতঃ ॥৪॥

দদর্শ দেবযানীং স শর্ম্মিষ্ঠাং তাশ্চ যোষিতঃ। পিবন্তীর্ললমানাশ্চ দিব্যাভরণভূষিতাঃ ॥৫॥

আসনপ্রবরে দিব্যে সর্ব্বরত্নবিভূষিতে। উপবিষ্টাঞ্চ দদৃশে দেবযানীং শুচিস্মিতাম্ ॥৬॥

রূপেণাপ্রতিমাং তাসাং স্ত্রীণাং মধ্যে বরাঙ্গনাম্। অসুরেন্দ্রসুতাঞ্চাপি নিবিষ্টাং চারুহাসিনীম্। দদর্শ পাদৌ বিপ্রায়াঃ সংবহন্তীমনিন্দিতাম্ ॥৮॥

গায়ন্ত্যোঽথ প্রনৃত্যন্ত্যো বাদয়ন্ত্যোঽথ ভারত। দৃষ্ট্বা যযাতিমতুলং লজ্জয়াঽবনতাঃ স্থিতাঃ ॥৯॥

যযাতিরুবাচ।

দ্বাভ্যাং কন্যাসহস্রাভ্যাং দ্বে কন্যে পরিবারিতে। গোত্রে চ নামনী চৈব দ্বয়োঃ পৃচ্ছাম্যহং শুভে ॥১০॥

দেবযান্যুবাচ।

আখ্যাস্যাম্যহমাদৎস্ব বচনং মে নরাধিপ। শুক্রো নামাসুরগুরুঃ সুতাং জানীহি তস্য মাম্ ॥১১॥

ইয়ঞ্চ মে সখী দাসী যত্রাহং তত্র গামিনী। দুহিতা দানবেন্দ্রস্য শর্ম্মিষ্ঠা বৃষপর্ব্বণঃ ॥১২॥

- - - - - - - - - - - - - - - - - -

দেবযানীনা সখিশিংগা লোয়ননা বনগী মফম পুম্নমক্তা চৎহুনা শান্নবি সখিশিংগী মনুংদা কনা কনাগুম্বীনা দেবযানীগা শান্নবা যাওবি অদুগা খবনা লৈ হেক্তুনা তমদি তপ্পুম্বা লৈহি চুপ-চুপ্নুনা শান্নবি অদুগা খবন, উইহৈ-বুাইহৈ হেক্তুনা অনদি মগল মগা ওযাম্বা অচাংবাহ্ ণাবি অদুগা কনাগুম্বা খবনা অমনা অমগী উইহৈ মুন্নহনা চানবি ॥৩॥ মতম অসিদা মৃগয় লাকপা নিংথৌ যযাতিনা অবাম থৌবাংবনা চোবথবদুনা অম্বন লাকপদা অম্বন থোকউ তাখিবগী মফম অদুদা থুংলবে ॥৪॥ দেবযানীনা শর্ম্মিষ্ঠাগা লোয়ননা নিংথিজবা ফিজোলনা লৈতে হুনা ফজবী সখিশিংগী মরক্তা লৈহি চুপা হুনা শান্নবদু যযাতিনা উবরে ॥৫॥ অমুক কবি উবগে হায়ববু মনি-মুক্তানা লৈতেংলবা আসন অমগী মথক্তা মথব্বাই মুংভাইনা লৈবিবা মোমোন নোকপা দেবযানীনা চাং লেম্ন, ফমহনা লৈবি।৬॥ অমুক কবি উখিবগে হায়ববু মশক্তা চাংদমনিংভাই লৈববী, লোয়নবিবীশিং অদুগী মনুংদা অথেইবী, সনা লুপা মনি-মুক্তানা লৈতেংবী, মোমোন নোকলিবী, কনাগুম্বী অতোপ্পা কন্যা অমনা দেবযানীগী আসন্দগী থবদং নেম্না থারিবা আসন অমদা ফমদুনা ব্রাহ্মণ কন্যা দেবযানীগী মখোং নোইহনা লৈবী ।৭—৮॥ মহারাজ! মখোয়গী মনুংদা কনা কনাগুম্বীনা ঈশৈ শকলমই, কনা কনাগুম্বীনা বীণানচিংবা যন্ত্র খোংলমই, অদুগা কনাগুম্বীশিংনা জগোই শাবমই। মখোয় পুম্নমক অদুনা ফজববা যযাতিনা লাকপা উবদা ইকাযহনা মকু লুবথহনা লৈখি।৯॥

যযাতিনা চংশিন্নক্তুনা হায়খি— কন্যা লিশিং অনিনা কোয়শিন্দুনা লৈরিবী নিংথিজববী অনি! নখোয় অনিগী পরিচয় মিং অমদি গোত্র যাম্না খংনিংভি॥ ১০॥ দেবযানীনা খুমখি — মহারাজ! ঐ হায়জগে তাবিয়ু অসুরশিংগী গুরু শুক্রাচার্য্য হায়বা অদুগী মচা নুপীনি ঐদি, অদুগা ঐগী মাক্তা

যযাতিরুবাচ।

কথং নু তে সখী দাসী কন্যেয়ং বরবর্ণিনী। অসুরেন্দ্রসুতা সুভ্রূঃ পরং কৌতূহলং হি মে ॥১৩॥

নৈব দেবী ন গন্ধর্ব্বী ন যক্ষী ন চ কিন্নরী। নৈবংরূপা ময়া নারী দৃষ্টপূর্ব্বা মহীতলে ॥১৪॥

শ্রীরিবাংতপদ্মাক্ষী সর্ব্বলক্ষণশোভনা। অস্য কন্দসুতা কন্যা সর্ব্বালঙ্কারভূষিতা ॥১৫॥

দৈবেনোপহতা হ্যেষা তপসাপি বা। অন্তঃপুরাহনবদ্যাঙ্গী দাসী নেহ ভবিষ্যতি ॥১৬॥

অস্যা রূপেণ তে রূপং ন কিঞ্চিৎ সদৃশং ভবেৎ। পুরা দুশ্চরিতে নয়ং তব দাসী ভবত্যসৌ ॥১৭॥

দেবযান্যুবাচ।

সর্ব্ব এব নৃপশ্রেষ্ঠ! বিধানমনুবর্ত্ততে। বিধানবিহিতং মত্বা মা বিচিত্রাঃ কথাঃ কৃথা ॥১৮॥

রাজবদ্রূপবেশৌ তে ব্রাহ্মীং বাচং বিভর্ষি চ। কো নাম ত্বং কুতশ্চাসি কস্য পুত্রশ্চ শংস মে ॥১৯॥

যযাতিরুবাচ।

ব্রহ্মচর্য্যেণ বেদো মে কৃৎস্নঃ শ্রুতিপথং গতঃ। রাজাহং রাজপুত্রশ্চ যযাতিরিতি বিশ্রুতঃ ॥ ২০ ॥

---

যমলিবা অসিনা দানবশিংগী নিংথৌ বৃষপর্ব্বাগী মচা সুপী শর্ম্মিষ্ঠা হায়বী অহনি, মাসি ঐগী লোয়নবা ইত্রানি অমদি সেবা তৌবিবানি, ঐনা চৎপা চৎপা নযমদা ঐনা হায়বদা ইন্দুনা ইতুং ইল্লিবানি ॥১১—১২॥ যযাতিনা হায়খি—অসুর নিংথৌগী মচানুপী কন্যা অসিনা নিংথিববী নংগী মতাগা মনাইগা অনিমক ওই হায়বসি কিদগীনো ? ঐ যাম্না হংনিংলে ॥১৩॥ অসুক যজবা নুপীদি ঐনা স্নুম উবদা লাইবেনবীসু নত্তে, গন্ধর্ব্বীসু নত্তে, যক্ষীসু নত্তে, অদুগা কিন্নরীসু নত্তে, অমুক কবি হায়কনি অসুক যজবা নুপীদি পৃথিবী অসিদা ঐ কবিগুন্দা উখিদ্রে।১৪॥ অসুর নিংথৌগী মচানুপী অসিগী তাবকপা মিৎতানা লক্ষ্মী দেবীগী নয়ন অনিগা মতাগুম্না, পদ্মাল মনাগী মতৌগুম নিংথিজবা, সুপীগী পুরিং হুনবগী মশক ওইরবা খুদম পুম্বনা ছিনবা অহংগী মথক্তা মনি মুক্তানা লেঙ্গেংলবা নিংথিজবীনি ॥১৫॥ অসুক নিংথিরুবী অসিনা নোংদম গিগিবনা অমদি নহাক্কী তপস্যাগী শক্তিনা নংগী মীনাই সুবা ওইহৌ, নংলমথ্রবদবু যেংবদা ব্রাংৎরবী অসুক নিংথিজগাবা কন্যা অসিনা অতোপ্পা অমগী মীনাই শক ওইরম্লোইদবনি ॥১৬॥ নংগী নশকসু মাগা মতৌগুম চপ মান্নবা যক্কে হায়বা যাদ্রি ছিবম পুমনক্তা চাংদমনবা যাফম থে কদ্রে। মবম অতুনা নহানমুক্কী মপোকতা তৌবকপা মাগী পাপ কর্ম্মগী দোষনা হন্দক্কী মপোক অসিদা মীগী মীনাই ওইববনি ॥১৭॥ ব্রাসি তাবদা দেবযানীনা হায়খি—মহারাজ। জগত্তা লৈরিবা জীব পানবা পুমনমক অদৃদগী হেন্দোকহুনা মীওইবনা অমুক হেন্না মবাইবক্তা তম্নকপাগী মতুংইন্না মপুন্সি লেঙ্গবিবনি। মবম অহুনা মহাক্কা মীনাই ওইবিবা অসিসু মবাইবক্তা তম্লবনি হায়না খনবিহুনা অমুক হেন্না হংবিরক্লগন,।১৮॥ শাওং শাদা অমদি থিজোল উবদা নহাকসু নিংথৌ অনগুম উরি, ভাংবা ব্রাভাংদগী বেদ-শাস্ত্র খংবা অমা ওইনসু উই। অহুনা ঐগী মযমদা মহাশয়গীসু অশেংবা পরিচয় তাকপিয়ু। কনানো ? কদায়দগী লাকপনো ? অহুণা মবাইবক যবা কনানা পোকপনো ? ॥১৯॥ যযাতিনা হায়খি—ব্রহ্মচর্য্যগী আশ্রমদা লৈরিবদা ঐ বেদ পুমনমক তমখ্রবনি, ভূমণ্ডল অসিগা যযাতি হায়বা নিংথৌ অমহ ঐরা, ঐ নিংথৌমক্কী মচানি ॥২০॥

দেবযান্যুবাচ ।

কেনাস্যর্থেন নৃপতে ! ইমং দেশমুপাগতঃ । জিঘৃক্ষুর্বারিজং কিঞ্চিদথবা মৃগলিপ্সয়া ॥ ২১ ॥

যযাতিরুবাচ ।

মৃগলিপ্সুরহং ভদ্রে ! পানীয়ার্থমুপাগতঃ ! বহুধাঽপ্যনুযুক্তোঽস্মি তদনুজ্ঞাতুমর্হসি ॥২২॥

দেবযান্যুবাচ ।

দ্বাভ্যাং কন্যাসহস্রাভ্যাং দাস্যা শর্ম্মিষ্ঠয়া সহ । ত্বদধীনাস্মি ভদ্রং তে সখা ভর্ত্তা চ মে ভব ॥২৩॥

যযাতিরুবাচ ।

বিদ্ধ্যৌশনসি ! ভদ্রং তে ন ত্বামর্হোঽস্মি ভাবিনি ! অবিবাহ্যা হি রাজানো দেবযানী ! পিতুস্তব ॥২৪॥

পরভার্য্যা স্বসা শ্রেষ্ঠা সগোত্রা পতিতা স্নুষা । অবরা ভিক্ষুকাঽস্বস্থা অগম্যাঃ কীর্ত্তিতাঃ বুধৈঃ ॥২৫॥

দেবযান্যুবাচ ।

সংসৃষ্টং ব্রহ্মণা ক্ষত্রং ক্ষত্রেণ ব্রহ্ম সংহিতম্ । ঋষিশ্চাপ্যৃষিপুত্রশ্চ নাহুষাঙ্গ ! বহস্ব মাম্ ॥২৬॥

---

দেবযানীনা হায়খি — মহারাজ ! অসোমদা লেংবিরকইবনা করিগীনো ? থম্বাল হেক্কে লাকপিবরা নত্রগা মৃগয়া লাকপিবরা ? ॥ ২১ ॥ যযাতিনা হায়খি — ইবেম্মা ! ঐ মৃগয়া লাকপনি অদুদা ঈশিং খৌবাংলভনা ঈশিং থিবকপদা মফম অসিদা লাকপনি, ঐঙোন্দা মহম যাম্না হংবিবি, অদুবু ঐ চৎচবগে করি হায়বগে ? ॥ ২২ ॥ দেবযানীনা হায়খি — কন্যা লিশিং অনি অসিগা অদুগা ঐগী লোয়নবী শর্ম্মিষ্ঠাগা লোয়ননা ঐ অসি ঙসিদগী মহারাজগী নথা পোল্লবীনি, মঙ্গল ওইহবিয়ু নংনা ঐগী চান্নথোইবা মকপ অমদি ইপুরোইবা ওইবিয়ু ॥ ২৩ ॥ যযাতিনা হায়খি — দেবযানী ! নংগী মঙ্গল ওইসনু, ঐনা নংবু বিবাহ তৌবা ঙমলোই। মরমদি ক্ষত্রিয় অমগা নংবু পোকপা নপা ব্রাহ্মণ অমগা ভাই শেল থোকনবা চুমদে ॥ ২৪ ॥ অতোপ্পগী নুপী, মচল, মচে, জাতিদা ওগক থোংহবা, গোত্র তিন্নবী, চাহৈদবা তৌহৈদবা চাক তৌকবদগী সমাজদা লৈখা তাববী, মমৌ, জাৎ ততোনবী, চাবনীবী, অমদি মশাদা লাইথুং লৈবী কনাগুম্বীগা লোয়ননা শান্নামন্নবা অমদি লৈমিন্নবা চুমদে , মাসি পণ্ডিতশিংনা হায়নারিবনি ॥২৫॥ দেবযানীনা হায়খি — ক্ষত্রিয় হায়বসি ব্রাহ্মণগা যাম্না নক্কনা লৈরিবনি, অদুগা ব্রাহ্মণসু ক্ষত্রিয়গা য়ামনা নক্কনা লৈরিবনি। অদুগী মথক্তা মহারাজদি রাজর্ষিনি অদুগী মথক্তা অমুকসু ঋষিমক্কী মচানি ; * অদুনা মহারাজ ! ঐবু বিবাহ তৌদুনা লৌবিয়ু ॥২৬॥

---

* টীকা — ক্ষত্রিয় বংশদা পোকপা কনাগুম্বনা নিংথৌ ওইরবা অদুগী মথক্তা অমুক ঋষিশিংগী মতৌগুম্বনা স্বধর্ম্ম পালন তৌদুনা লৈরবদি রাজর্ষি কৌই, 'রাজর্ষি' হায়বসি ধর্ম্মগী মনুংচনি। মহর্ষি, রাজর্ষি, দেবর্ষি, ব্রহ্মর্ষি, হায়বিবশিং অসি ঋষি মক্তনি। ব্যাকরণদা ঋষি হায়বা শব্দ অসিগী অর্থদি থবক পুম্নমক্তা অধ্যাত্মিকগী দৃষ্টিদা, বেদবিধি কায়দনা অচুম্বা নম্বা অমা কায়দনা চৎনক্লিবা অদু ব্যুৎপত্তিগী মতুংইন্না মাসি থোকই। মাসি পুম্নমক ব্রাহ্মণগী বৃত্তিমক্তনি। বৃত্তি অসিবু কায়দনা কনাগুম্বা ক্ষত্রিয়না চৎতুনা রাজর্ষি ওইথুরবদি ব্রাহ্মণগা পাথক ওইরে। দেবযানীনা হায়রীবগী ভাবতি যযাতি অসি হৌবকতম খংবদা লমচৎ ব্যবহার অমদি বেদগী জ্ঞাননা তিন্নবা হায়থিরবা মীশক কর্সি ওইবনা ব্রাহ্মণগী থাক্তা কাবক্লবনা মহাকমক্তা মপু বাইবা ওইহন্দুনা মাগী সেবা তৌবা ফাওবা মতকি চারে হায়বা বানি ॥

যযাতিরুবাচ ।

একদেহোদ্ভবা বর্ণাশ্চত্বারোঽপি বরাঙ্গনে । পৃথগ্ধর্ম্মাঃ পৃথক্‌শৌচাস্তেষান্তু ব্রাহ্মণো বরঃ ॥২৭॥

দেবযান্যুবাচ ।

পাণিধর্ম্মো নাহুষায়ং ন পুংভিঃ সেবিতঃ পুরা । তং মে ত্বমগ্রহীরগ্রে বৃণোমি ত্বামহং ততঃ ॥২৮॥

কথং নু মে মনস্বিন্যাঃ পাণিমন্যঃ পুমান্ স্পৃশেৎ । গৃহীতমৃষিপুত্রেণ স্বয়ং বাপ্যৃষিণা ত্বয়া ॥২৯॥

যযাতিরুবাচ ।

ক্রুদ্ধাদাশীবিষাৎ সর্পাজ্জ্বলনাৎ সর্বতোমুখাৎ । দুরাধর্ষতরো বিপ্রো জ্ঞেয়ঃ পুংসা বিজানতা ॥৩০॥

দেবযান্যুবাচ ।

কথমাশীবিষাৎ সর্পাজ্জ্বলনাৎ সর্বতোমুখাৎ । দুরাধর্ষতরো বিপ্র ইত্যাত্থ পুরুষর্ষভ ! ॥৩১॥

যযাতিরুবাচ ।

একমাশীবিষো হন্তি শস্ত্রেণৈকশ্চ বধ্যতে । হন্তি বিপ্রঃ সরাষ্ট্রাণি পুরাণ্যপি হি কোপিতঃ ॥৩২॥

দুরাধর্ষতরো বিপ্রস্তস্মাদ্ভীরু ! মতো মম । অতোঽদত্তাঞ্চ পিত্রা ত্বাং ভদ্রে ! ন বিবহাম্যহম্ ॥৩৩॥

দেবযান্যুবাচ ।

দত্তাং বহস্ব তস্মাৎ ত্বং পিত্রা রাজন্ ! বৃতা ময়া । অযাচতো ভয়ং নাস্তি দত্তাঞ্চ প্রতিগৃহ্ণতঃ ॥৩৪॥

---

যযাতিনা হায়খি— দেবযানী ! বর্ণ মরিমক পরম পুরুষ ওইবা মাগী হকচাংদগী থোকখিবা ভাক্তনি, অহুম্নদি ওইরবদা হকচাং অদুগী তোঙান তোঙানবা শকক্তগী পোকখিবনা ধর্ম্মসু তোঙান তোঙানলি ; অশেং-অমাং থাইবা পুম্নমকসু থৌবাং তোঙান তোঙাল্লি ! অদুগা বর্ণ মরি অসিগী মনুংদা ব্রাহ্মণনসু খ্বাইগী মকোক থোংবনি ॥২৭॥ দেবযানীনা হায়খি— মহারাজ ! কনাগুম্বী কন্যা অমগী অমুক্ত পাণি-গ্রহণ তৌকরগা মাবু অমুক ছন্দোকপিবম্বা অসি মমাংঙৈদা হৌনবা থংবা নিপা অমত্তনা তৌখিদে। মহারাজদি মমাংঙৈদা ঐগী পাণিগ্রহণ তৌবিখ্রবনি, অদুনা ইশামক মহারাজদা কথোকচরবনি ॥২৮॥ মহারাজদি ঋষিনা পোকপনি, অদুগা নশামকসু ঋষিনি. অদুগুম্বা নহাক্না নোংমা পায়বিখিবা ঐগী খুজেং অসে অতোপ্পা নিপানা করম্না পায়গনি, অমদি পাযহনগনি ? ॥২৯॥ যযাতিনা হায়খি— ( মহূ কল্লবা শাওরবা লিল, অদুগা মৈবী ফংনা চাক্লবা মৈ, অনি অসিদগীসু ব্রাহ্মণদা লাল্লুবা পাপ অদুগী হূনা অমদি মৈশানা হেম্না কল্লি হায়না অশিংবা মীশিংনা খংনগদবনি )॥৩০॥ দেবযানীনা হায়খি— মহা রাজ ! মহূ কল্লবা লিলগা, মৈরী কল্লবা মৈগা অনিদগীসু ব্রাহ্মণনা হেম্না অকিবগী মশক ওই হায়বসি করিগীনো ? ॥৩১॥ যযাতিনা হায়খি— লিলদি মী অমতরু মাংহল্লি, খুৎলাইসু মী অমতবু হাৎলি, অদুগা ব্রাহ্মণগী অশাওবগী মৈদি কনাগী রাজ্য অমদি নগর পুম্নমক খুদক্তা উৎ ওইনা মাংহল্লি ।৩২॥ মরম অদুনা ইবেম্মা ! লিলগা মৈগা অনিদগী ব্রাহ্মণনা হেল্লি হায়রিবা অসিনি। মরম অদুনা নহাকপু পোকপা শুক্রাচার্যনা মশানা য়ানা ঐঙোন্দা নংবু দান তৌদ্রিমখৈ ঐ নংবু লৌবা ঙম্লোই ।৩৩। দেবযানীনা হায়খি— মহারাজ ! অদু ওইররদি ইপানা দান তৌদ্রিঙৈদা ঐনা ইশামক নঙোন্দা কংথোকচররনি ; অদুগা ইপানসু নঙোন্দা মরাইনা দান তৌজগনি, অবস্থা অসিদা নংনা ঐবু লৌবদা কাযবা লৈতে ; করিনা হায়বরু নংনা ঐবু লৌগে হায়জবা তৌথদে, পীগ্রবা পোৎ অদুতরু লৌশিল্লিবনি, মরম অদুনা ইপানা পীথোক্লবী ঐ অসিবু লৌবিয়ু ; করিগুম্বা হিরমদা চিংনবা অকিবা লৈফম থোক্তে ।।৩৪॥

তিষ্ঠ রাজন্! মুহূর্ত্তঞ্চ প্রেষয়িষ্যাম্যহং পিতুঃ। গচ্ছ ত্বং ধাত্রিকে! শীঘ্রং ব্রহ্মকল্পমিহানয়।
স্বয়ংবরে বৃতং শীঘ্রং নিবেদয় চ নাহুষম্ ॥৩৫॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

ত্বরিতং দেবযান্যাথ সন্দিষ্টং পিতুরাত্মনঃ। সর্ব্বং নিবেদয়ামাস ধাত্রী তস্মৈ যথাতথম্ ॥৩৬॥
এতস্মিন্নেব চ স রাজানং দর্শয়ামাস ভার্গবঃ। দৃষ্ট্বৈব চাগতং শুক্রং যযাতিঃ পৃথিবীপতিঃ।
ববন্দে ব্রাহ্মণং কাব্যং প্রাঞ্জলিঃ প্রণতঃ স্থিতঃ ॥৩৭॥

দেবযান্যুবাচ।

রাজায়ং নাহুষস্তাত! দুর্গমে পাণিমগ্রহীৎ। নমস্তে দেহি মামস্মৈ লোকে নান্যং পতিং বৃণে ॥৩৮॥

শুক্র উবাচ।

অন্যো ধর্ম্মঃ প্রিয়ত্বন্যো বৃতাস্ত নাহুষঃ পতিঃ। কচশাপাত্ত্বয়া পূর্ব্বং নাত্মভবিতুমর্হতি ॥৩৯॥
বৃতোঽনয়া পতির্বীর! সুতয়া ত্বং মমেষ্টয়া। গৃহাণেমাং ময়া দত্তাং মহিষীং নহুষাত্মজ! ॥৪০॥

যযাতিরুবাচ।

অধর্ম্মো ন স্পৃশেদেবং মহান্ মামিহ ভার্গব! বর্ণসঙ্করজো ব্রহ্মন্নিতি ত্বাং প্রবৃণোম্যহম্ ॥৪১॥

---

মহারাজ! মতম খরদং ভাইবিথো, ইপাগী মযমদা দূতী অমতা অমুক্তা থাজখিগে। ইমা যোবচমী! থুনা চৎলু ব্রহ্মাগা মান্নববা ঐগী পিতৃদেবদো অমুক্তা কোক। ঐ মযম অসিদা মহারাজ অসিদা ইশা কৎ-থোবচহৌরে হাযবা অসিন্থ তম্বিবম্মু।৩৫॥

বৈশম্পাযননা হাযখি— ত্বা অসি তারবা তুংদা ধাত্রীনা থুনা যাংনা চৎখিদুনা দেবযানীগী মপূক্রিং অমদি থোকাখ্রিবা পৌদোক পুমনমক শুক্রাচার্য্যদা মচা খাযনা তমলুবে ॥৩৬॥ শুক্রাচার্য্যস্থু ত্বা অদু তাবদা মযম অতদা লাকদুনা নিংথৌদা দর্শন পীখি; নিংথৌস্থ শুক্রাচার্য্যবু উবদা নোল্লক্কা থুকম্‌ই তমস্থুং খুং খোম্মদুনা মবায লুকত্বুনা তুগিন্না যদুনা লৈখি ॥৩৭॥ দেবযানীনা হাযখি— পিতৃদেব! যযাতি কৌবা নিংথৌ অসিনা ঐবু নোংমা কুহাদগী খুদাং পায়দুনা চিঙৎতুনা কনবিখি, মরম অদুনা পিতৃদেবগী মযমদা চংজবি নিংথৌ অসিগী মখুত্তা ঐবু শিন্নথোকপীয়ু জগৎ অসিদা নিপা অসিদা নত্তুনা ঐ কনাগুম্বা অমবু ইংবোইবনি হাযনা খনবা তৌজ্রবোই ॥৩৮॥ শুক্রাচার্য্যনা হাযখি— দেবযানী! ধর্ম্ম হায়বসি অমত্তনি, প্রেমগী পাত্রস্থ অমত্তনি খংঙু, নংনা ঐগী য়াথং যংজ্রিভৈগী মমাংদা ঐগী ইত্বা তাদনা যযাতিবু নপুরোইবনি হান্নানা লৌবমলে। অদুগা অমুকস্থু কচনা নঙোন্দা তৌরম্বা শাপনা ঋষিনা পোকপা মচা অমতা নংগী নপুরোইবা ওইনা যংলরোইদবনি।।৩৯। যযাতি! ঐগী মুংশিরবা কন্যা'সিনা নংবু মপুরোইবা অমা ওইনা খল্লদুনা মশামক নঙোন্দা কৎথোক্লেদো, ঐস্থু মহাকপু নঙোন্দা ভূসি দান তৌরবনি, অদুনা নহাকস্থু 'মাবু নংগী মহারাণী ওইনা লৌ ॥৪০॥ যযাতিনা হাযখি— মহর্ষি! ঐথোয় অনিগী বিবাহদগী পোক্লক্কদবা বর্ণ-সঙ্কর অদুগী পাপনা ঐবু শোযদনা অত্নাবা পীরনি, মরম অদুনা ঐনা মাসি থোক্তনবা নংগী চরণদা আশ্রয় তৌজরি ॥৪১॥ শুক্রাচার্য্যনা হায়খি— যযাতি! বিবাহ অসিগী মরমদা নং ক্করিমত্তা চিংনগন্নু, ত্বাগন্নু, ঐনা নংবু শাপতগী কোকহননগনি; নংনা অপাম্বা বর পীগনি তাও, বর্ণসঙ্করদগী ওইরক্কদৌবা পাপ পুম্নমক কোকহনলগনি ॥৪২॥

শুক্র উবাচ।

অধর্ম্মাত্ত্বাং বিমুঞ্চামি শৃণু ত্বং বরমীপ্সিতম্। অস্মিন্ বিবাহে মা গ্লাসীবহং পাপং নুদামি তে ॥৪২॥

বহস্ব ভার্য্যাং ধর্ম্মেণ দেবযানীং সুমধ্যমাম্। অনয়া সহ সম্প্রীতিমতুলাং সমবাপ্নুহি ॥৪৩॥

ইয়ঞ্চাপি কুমারী তে শর্ম্মিষ্ঠা বার্ষপর্বণী। সম্পূজ্যা সততং রাজন্! মা চৈনাং শয়নে হ্বয়েঃ ॥৪৪॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

এবমুক্তো যযাতিস্তু শুক্রং কৃত্বা প্রদক্ষিণম্। শাস্ত্রোক্তবিধিনা রাজা বিবাহমকরোচ্ছুভম্ ॥৪৫॥

লব্ধ্বা শুক্রান্মহদ্বিত্তং দেবযানীং তদোত্তমাম্। দ্বিসহস্রেণ কন্যানাং তথা শর্ম্মিষ্ঠয়া সহ ॥৪৬॥

সম্পূজিতশ্চ শুক্রেণ দৈত্যৈশ্চ নৃপসত্তমঃ। জগাম স্বপুরং হৃষ্টোঽনুজ্ঞাতোঽথ মহাত্মনঃ ॥৪৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
সম্ভবে যাযাতে ঊনসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

——:(*):— —

---

ধর্ম্মগী নিয়ম কাযদনা ঐগী ফজববী ইচা নুপী দেবযানী কোবা অসিবু বিবাহ তৌহনা লৌ; মাগা লোযননা গৃহস্থ ধর্ম্মগী মুংঙাইবা পুন্নমক যংলু ॥৪৩॥ যযাতি! বৃষপর্ব্বাগী মচানুপী শর্ম্মিষ্ঠাবু নংনা মতমলৈবা খিবিক্তা যাম্না লুনা হঙ্গোইনা থমগদৌবনি, অদুগা কবিগুরুনা মতমদা মহাকপু নংগী যমুং মনাক্তা কৌশিন্দুনা যর্মমিন্নগনু ॥৪৪॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি— শুক্রাচার্য্যনা অসুম হায়রবদা যযাতি নিংথৌনা শুক্রাচার্য্যবু যেৎলোইননা কোযরগা শাস্ত্রগী বিধি কাযদনা দেবযানীবু বিবাহ তৌদুনা লৌখি ॥৪৫॥ অদুগী মতুংদা নিংথৌবেন যযাতিনা ফজববী কন্যা লিশিং অনি, শর্ম্মিষ্ঠাগা লোয়ন-ববী নিংথিরবী দেবযানীবু অমদি শুক্রাচার্য্যগী মফমদগী ফংলবা মমল যাম্লবা অউন পোৎ মযাম পুবষনা, মপুকচেল চাউরবা শুক্র অমদি দৈত্য পুন্নমক্না লুনা তরাম তবাম তৌববা তুংদা, স্বশুর থোক্লবা শুক্রাচার্য্যগী মফমদগী বিদায লৌদুনা মথন্নাই মুংঙাইনা কোন্নুং তান্না চৎখি ॥৪৬-৪৭॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারততা শ্লোক লিশিং চামনা থল্লবা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদি পর্ব্বদা সম্ভবতা যাযাতিগী মতাংদা হুম্ফুমাপল শুবা অধ্যায লোযবে ॥০॥

——:০:——

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব—সম্ভবে যাযাতে

(হুম্ফুতরা শুবা অধ্যায়)

——ঃ(ঃঃ)ঃ——

বৈশম্পায়ন উবাচ।

যযাতিঃ স্বপুরং প্রাপ্য মহেন্দ্রপুরসন্নিভম্। প্রবিশ্যান্তঃপুরং তত্র দেবযানীং ন্যবেশয়ৎ ॥ ১ ॥

দেবযান্যাশ্চানুমতে সুতাং তাং বৃষপর্ব্বণঃ। অশোকবনিকাভ্যাসে গৃহং কৃত্বা ন্যবেশয়ৎ ॥২॥

বৃতাং দাসীসহস্রেণ শর্ম্মিষ্ঠাং বার্ষপর্বণীম্। বাসোভিরন্নপানৈশ্চ সংবিভজ্য সুসংকৃতাম্ ॥ ৩॥

দেবযান্যা তু সহিতঃ স নৃপো নহুষাত্মজঃ। বিজহার বহূনব্দান্ দেববন্মুদিতঃ সুখী ॥৪॥

ঋতুকালে তু সম্প্রাপ্তে দেবযানী বরাঙ্গনা। লেভে গর্ভং প্রথমতঃ কুমারঞ্চ ব্যজায়ত ॥৫॥

গতে বর্ষসহস্রে তু শর্ম্মিষ্ঠা বার্ষপর্বণী। দদর্শ যৌবনং প্রাপ্ত ঋতুং সা চান্বচিন্তয়ৎ ॥৬॥

ঋতুকালশ্চ সম্প্রাপ্তো ন চ মেঽস্তি পতির্বৃতঃ। কিং প্রাপ্তং কিং নু কর্ত্তব্যং কিং বা কৃত্বা কৃতং ভবেৎ ॥৭॥

দেবযানী প্রজাতাসৌ বৃথাহং প্রাপ্তযৌবনা। যথা তয়া বৃতো ভর্ত্তা তথৈবাহং বৃণোমি তম্ ॥৮॥

রাজ্ঞা পুত্রফলং দেয়মিতি মে নিশ্চিতা মতিঃ। অপীদানীং স ধর্ম্মাত্মা ইয়ান্মে দর্শনং রহঃ ॥৯॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়খি — যযাতিনা অমরাবতীগুম নিংথিজরবা কোন্নুংদা যৌখিদুনা অন্তঃপুর মনুংদা চংখিদুনা দেবযানীবু মথৱাই হবাউনা থমখি ॥ ১ ॥ অদুগা দেনযানীগী মপুক্লিংগী মতুংইন্না লৈকোলগী অশোকবনগী মনাক্তা ফজরবা যুম অমা শাদুনা মাহদা অসুরনিংথৌগী মচা নুপী শর্ম্মিষ্ঠাবু যান্না নুংঙাইনা থমখি, চাবা থকপা ফিবোন লৈতেং পূম্বা ৱত্তনবা থমখি, মহাক্কীসু মীনাই নুপী লিশিং অমনা সেবা তৌননবা য়াথং পিখি ॥ ২—৩॥ নহুষগী মচা নিপা যযাতিনা নুংঙাইনা মতৌ অসুম্না দেবযানীগা লোয়ননা চহি মতম কুইনা শান্নমিন্নদুনা লেনখি ॥ ৪ ॥ ঋতুগী মতম যৌরক্লবদা অমদি দেবযানীনা ইহান হানবা গর্ভ পুখ্রবদা মচানিপা অমা তুংদা পোকখি ॥ ৫ ॥ মতম কুইনগী মতুংদা যুবতি ওইরবী বৃষপর্ব্বাগী মচানুপী শর্ম্মিষ্ঠাসু ঋতু মতম ওইরক্লবদা থোইনা চিন্তা তৌখি ॥ ৬ ॥ শর্ম্মিষ্ঠানা খল্লি ঐগী ঋতুগী মতমদি য়ৌরক্লে, ইপুরোইবদি লৈজদ্রি। অসিগুম্বা অৱাবা অসিবু করম হায়না খাংগনি, হৌজিক করিতৌগনি, করিতৌরগা ঐগী নিংবসি থুংশিবা॥ ৭॥ দেবযানীদি মচাপোকপী ওইখ্রে; ঐগী যৌবন অবস্থাদি অরেম্বদা তোকলে। অদুঙাইরে দেবযানীনা মশানা পামজবা মপুরোইববু মশামক্না খঙ্গখিবা অদুগুমদুনা ঐসু ইপুরোইববু ইশামক্না খঙ্গরগনি॥৮॥

নিংথৌ যযাতিনা শোয়দনা ঐঙোনদসু ইচা পীবিগনি হায়বসি ঐ য়াম্না থাজৈ। অদুগা অসিগুম্বা

অথ নিষ্ক্রম্য রাজাসৌ তস্মিন্ কালে যদৃচ্ছয়া। অশোকবনিকাভ্যাসে শর্ম্মিষ্ঠাং প্রাপ তিষ্ঠতীম্ ॥১০॥
তমেকং রহিতে দৃষ্ট্বা শর্ম্মিষ্ঠা চারুহাসিনী। প্রত্যুদ্গম্যাঞ্জলিং কৃত্বা রাজানং বাক্যমব্রবীৎ ॥১১॥
শর্ম্মিষ্ঠোবাচ।
সোমস্যেন্দ্রস্য বিষ্ণোর্বা যমস্য বরুণস্য বা। তব বা নাহুষ! গৃহে কঃ স্ত্রিয়ং দ্রষ্টুমর্হতি ॥১২॥
রূপাভিজনশীলৈর্হি ত্বং রাজন্! বেত্থ মাং সদা। সা ত্বাং যাচে প্রসাদ্যাহমৃতুং দেহি নরাধিপ! ॥১৩॥
যযাতিরুবাচ।
বেদ্মি ত্বাং শীলসম্পন্নাং দৈত্যকন্যামনিন্দিতাম্। রূপঞ্চ তে ন পশ্যামি সূচ্যগ্রমপি নিন্দিতম্ ॥১৪॥
অব্রবীদুশনা কাব্যো দেবযানীং যদাহবহম্। নেয়মাহ্বয়িতব্যা তে শয়নে বার্ষপর্বণী ॥১৫॥
শর্ম্মিষ্ঠোবাচ।
ন নর্ম্মযুক্তং বচনং হিনস্তি ন স্ত্রীষু রাজন্! ন বিবাহকালে।
প্রাণাত্যয়ে সর্বধনাপহারে পঞ্চানৃতান্যাহুরপাতকানি ॥১৬॥
পৃষ্টস্তু সাক্ষ্যে প্রবদন্তমন্যথা বদন্তি মিথ্যাপতিতং নরেন্দ্র!
একার্থতায়ান্তু সমাহিতায়াং মিথ্যা বদন্তং হ্যনৃতং হিনস্তি ॥১৭॥
যযাতিরুবাচ।
রাজা প্রমাণং ভূতানাং স নশ্যেত মৃষা বদন্। অর্থকৃচ্ছ্রমপি প্রাপ্য ন মিথ্যা কর্ত্তুমুৎসহে ॥১৮॥

---

অচিকপা মফম অসিদা মানা ঐভোন্দা লাক্লুনা দশন পিবিবগদ্রা ? ॥ ৯ ॥ অদুগী মতুংদা নোংমা নিংথৌ যযাতিনা কোনুংদগী থোবক্লুনা অশোকবন বোগদ' অসুম কোযথোবকপদা, লাইগী নোংদমদগী তুম্মিন্না লেপ্তুনা লৈবম্বী শর্ম্মিষ্ঠাবু উরবে।। ১০ ॥ মোমোন নোকলবী শর্ম্মিষ্ঠানা অচিকপা মফম অদুদা মথন্ত ভায়বরা নিংথৌবু উবদা প্রপ প্রপ চংশিল্লক্লুনা নিংথৌদা হায়খি — মহারাজ! বিষ্ণু, ইন্দ্র, চন্দ্র, যম বরুণ, অমদি যযাতি, মখোয়শিং অসিগী যুমদা অতোপ্পা কবম্বা নিপা মুপীবু উজরা যাওগ্রবরা ? ॥ ১১ — ॥ ১২ ॥

মহারাজ! লমচত্তা শাগৈদা অমদি ইশক ইতৌদসু মহারাজনা লোইনা খংবিবিরনি; অদুনা থরাই হকচাং অমতা ওইনা নোম্লুক্লা হঙ্গংচবি—ঐগী ঋতু অসি পালন তৌবিয়ু, ঐগীসু ইচা পিনবিয়ু ॥১৩। যযাতিনা হায়খি —শর্ম্মিষ্ঠা নংগী লমচৎ ব্যবহার ঐ লোইনা খংজি, নংগী হৌরকফমসু খংজি, যেৎতুম মচিলমুক কুপলবা দোষ লৈত্রবা নংগী নতৌসু উরি, খংলি, মুপী ওইবগী করিগুম্বা হকচাংগী কাযাত্তা নিন্দা তৌনিংঙায় লৈত্রবীনি হায়রসি মঙ্গৌশাদগী উবিবনি ॥১৪॥ অদুবু ইবেম্মা! দেবযানীগা ঐগা লৌন-লৈনবা মতমদা শুক্রাচার্য্যনা শর্ম্মিষ্ঠাবু কবিগুম্বা মতমদা ফমুং নাক্তা কৌশিলগনু হায়না ঐভোন্দা কন্না হায়খি ॥১৫॥ শর্ম্মিষ্ঠানা খুম্মি —মহারাজ! (ফাগি তৌঙ্গনা নোকমিন্নরা মতমদা, মুপী নহাগা প্রেমগী ৱারি শাদুনা কেনা-খোৎনদনা ঙহাক মুংঙায়মিন্নরা মতমদা, বিবাহগী মতমদা, থরাই থারমদায মতমদা অমদি পুম্নমক মাংঙমদ'ই মতমদা, হায়বিবা মতম মঙা অসিদা ঙাংনবা মীনম্বা ৱাদি পাপ পুদে)॥১৬॥ অদুগা করিগুম্বা বিবাদ অমগী বিচারদা বিচারপতিনা সাক্ষী ওইগদৌরিবা অদুদা অচুম্বা থুম্মু অসুম হায়রবদা সাক্ষী ওইরিবা অদুনা মীনম্নবদি মাদু পাপ শোয়দনা পুই; অদুগা বিষয় অমতাগী মরমদা মী অনিনা খৎনবা হৌরক্লবদি মখোয় অনিগী মপুংদা মচাককী মীনম্বদগী খৎনবা তৌখিবা মী অদো শোয়দনা পাপী ওই॥১৭॥ যযাতিনা হায়খি —

শর্ম্মিষ্ঠোবাচ।

সখাবেতৌ মতৌ রাজন্! পতিঃ সখ্যাশ্চ যঃ পতিঃ। সম বিবাহমিত্যাহুঃ সখ্যা মেঽসি বৃতঃ পতিঃ ॥১৯॥

যযাতিরুবাচ।

দাতব্যং যাচমানেভ্য ইতি মে ব্রতমাহিতম্। ত্বঞ্চ যাচসি মাং কামং ব্রূহি কিং করবাণি তে ॥২০॥

শর্ম্মিষ্ঠোবাচ।

অধর্ম্মাৎ পাহি মাং রাজন্! ধর্ম্মঞ্চ প্রতিপাদয়। ত্বত্তোঽপত্যবতী লোকে চরেয়ং ধর্ম্মমুত্তমম্ ॥২১॥

নিংথৌ হাযবসি প্রজাশিংনা চৎকদোবা অমত্তা ওইবা মশক নাইবা খুদমনি; নিংথৌনা করিগুম্বা মীনম্বা ঙাংতুনা মীনম্বগী পাপ অদুনা মশামক তুমগৎবদি প্রজাশিং অসিসু মাগী মতৌ তমদুনা পাপ অদুমক্তনা তুম্মি। অদুনা নংনা হাযবিবা বিষয়শিং অসিদা অদুগা অতৈ অতোপ্পা অৱাবা তাববা মতমদসু ঐ মীনম্বা শক ঙাংলোই ॥১৮॥

শর্ম্মিষ্ঠানা হায়খি— মহারাজ! মাগী সখীগা লোয়নবী সুপী অদুদী মপুবোইবদো মশামক্কী মপুবোইবা ওইবত নত্তনা মাগী লোইনবী মতং অমদি মচা মনাই মক্কীসু স্বামীনি, মশাগী মপুবোইবগা সখীগী মপুবোইবগা অনি অসি চপ মান্নে অদুগা সখিগা লোয়ননা তৌবিবা বিবাহ অদো সখী অনিমক্কী বিবাহমবনি। মরম অদুনা দেবযানীনা মহারাজবু মপুবোইবনি হায়না খনখিবা সুমিৎ অদুদা মাগী মতা শর্ম্মিষ্ঠা ঐগীসু ইপুবোইবা মহারাজনা অদুম ওইগৎবনি ॥১৯॥ * যযাতিনা হায়খি— চুমই, কনাগুম্বা অমনা নিংগৌ ঐভোন্দা নিবা পোৎ অদো নিংথৌ অমা ওইনা ঐনা পীফম থোকই, পীগনি হাযবা অসিসু ঐগী লেপখৎবা ব্রত অমনি, অসিগী মথক্তা ঙসি নংনসু ঐভোন্দা পোৎশক অমা নিরি; কন্নি পাম্মি হাযযু, হায়নিংবদা হাযযু ॥২০॥ শর্ম্মিষ্ঠানা হায়খি— মহারাজ! ঐবু পাপতগী

* টীকা— মসিগী ভাবতি নিংথৌ অমনা নিংথৌ অমবু ঙম্বা মতমদা মাইথিবা ফংবা নিংথৌ অদুগা মাবু ঙমলিবা নিংথৌ অদুগী মথা পোসি। মশা মযম্বনা মথা পোনবদা মওনা মাংক্কা সুপী অমা প্রজা যাওবা অদুম্বা নিংথৌ অদুগী মথা পাম্মি। অদুম্ব নিংথৌ অদুগী মীনাই মীশন যাওবা পীবা মাথং অদু মাইথিবা নিংগৌ অদুনা তাই মতৌ অদুগুম্বা যযাতিনা দবযানীগা মীনাই ওইবমলবদি দবযানীগী মাথং ইনবদ নওনা শর্ম্মিষ্ঠাগী মাথংসু যযাতিন ইনযম থোকই। পবমার্থ দৃষ্টীতা খম্নুববসু মান। বিজ্ঞানগী হিবমদা মায়কৈঙ্গা খন্নুববসু শর্ম্মিষ্ঠাগী থবাই হকচাং পীথোকথৎবা দেববানীনা। অত্তোপ্পা অমদা মাগী থবাই হকচাং পীথোকথৎবদা শর্ম্মিষ্ঠাগী থবাই হকচাংসু যাওনা পীথোকখৎবনি। মপুগী মবুঙ্ঙা ওইখৎবা মীশক অমদা মনাই অদুগীসু মবুঙ্ঙানি। মরম অদুনা ধর্ম্মগী দৃষ্টিদসু সুপী অমগী থবাই হকচাং পীথোকখৎবা নিপা অদো নিপা মশামক্কা খত্রবসু সুপী অদুগী মক্কমদদি নিপা অমা মপু ম্নাইবা ওইতুনা অদুম্মক লৈখৎবনি। ব্যাকরণগী থোংদা খন্নুরবসু 'সম ক থাপ্নতে ইতি সখী' হায়বদি থবাই হকচাং অমতা ওইনা হায়দাকমিন্নবা, ফমদা ফম্মিন্নবা, চৎলে চৎমিন্নবা অদুবু সখী কৌই। সমান পূর্ব্বক খ্যা ধাতুদগী সখা থাকই। অসিগুম্মদুনা সখা, সুহৃৎ, বন্ধু, মিত্র অদুম হায়না মরূপ মথল মরিনি। দেবযানীগী মরূপ অদো শর্ম্মিষ্ঠাগীসু মরূপ্নি। দেবযানীগী মবুঙো অদো শর্ম্মিষ্ঠাগীসু মবুঙোনি, সুপীগী মবুঙোবু মপু ম্নাইবা কৌবনি। ভক্তিগী দৃষ্টিদসু মীনাই অমগী হায়জবা ম্না অদু মপু অদুনা থোইনা অকায়বা লৈত্রবদি য়াথিকম থোবই, অসিনচিংবা যুক্তি প্রমাণ নৈনক্নগা শর্ম্মিষ্ঠানা যযাতিদা হায়থিবা য়াদ্দি।

ত্রয় এবাধনা রাজন্! ভার্য্যা দাসস্তথা সুতঃ। যত্তে সমধিগচ্ছন্তি যস্যৈতে তস্য তদ্ধনম্ ॥২২॥
দেবযান্যা ভুজিষ্যাস্মি বশ্যা চ তব ভার্গবী। সা চাহঞ্চ ত্বয়া রাজন্! ভজনীয় ভজস্ব মাম্ ॥২৩॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

এবমুক্তস্তু রাজা স তথ্যমিত্যভিজজ্ঞিবান্। পূজয়ামাস শর্ম্মিষ্ঠাং ধর্ম্মঞ্চ প্রত্যপাদয়ৎ ॥২৪॥
স সমাগম্য শর্ম্মিষ্ঠাং যথাকামমবাপ্য চ। অন্যোন্যঞ্চাভিসম্পূজ্য জগ্মতুস্তৌ যথাগতম্ ॥২৫॥
তস্মিন্ সমাগমে সুভ্রূঃ শর্ম্মিষ্ঠা চারুহাসিনী। লেভে গর্ভং প্রথমতস্তস্মান্নৃপতিসত্তমাৎ ॥২৬॥
প্রজজ্ঞে চ ততঃ কালে রাজন্! রাজীবলোচনা। কুমারং দেবগর্ভাভং রাজীবনিভলোচনম্ ॥২৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
সম্ভবে যযাতৌ সপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ ॥৭০॥

—০ঃ০—

পাপতগী বোকপিয়ু, অতোপ্পবু পাপতগী বোবহল্লগা মহারাজস্থ ধর্ম্ম যংবিয়ু, মহারাজগী মফমদগী ইচা যংজবগা পুন্বতী চাযবীদ্র ওইদুনা মুপী ওইনা পোকপগী তৌবমগদবা ইথৌ অমদি ধর্ম্ম, জগৎ অসিদা অমদি লোক সমাজ অসিদা তৌজবমগে ॥২১॥ মহারাজ! মীনাই হাযবা, মুপী হাযবা, অমদি মচা হাযবা মীশক অহুমসে মশা মশানা তাঙ্গবা লান থুম যাওববু মশামক্কা স্বাধীন ওইনা শিজিন্নবা ওমদে। মখোযনা তাঙ্গবা পোৎ অদো মাগী মাগী মথক থোংবগী ওইখি, মবন্নি ॥২২॥

ঐদি দেবযানীগী মীনাই মুপীনি। দেবযানীনা অমুক মহারাজগী মথা পোন্নিবিনি। অদুনা মহারাজ! ঐখোয অনিমক মহারাজগী নযননি হাযনা খন্দুনা চপমান্নবা ভোগ তৌবিয়ু। দেবযানীবু মুংশিবিবা অদুগুম ঐবু মুংশিবিয়ু ॥২৩॥ বৈশম্পাযননা হাযখি— শর্ম্মিষ্ঠানা অসুম হাযরবদা যযাতিনা অদুবু অচুম্বনি হাযনা থনখি, মাবু তবাম তবাম তৌবিহনা মাগী নিংজবা থুংহন্দুনা চাওরবা ধর্ম্ম অত ভাকখি ॥২৪॥ নিংথৌনা শর্ম্মিষ্ঠাবু পেলহলদুনা মশামকস্থ পেলখি, অদুগী মতুংদা অমগা অমগা তবাম তরাম তৌনদুনা অমনা অমদগী বিদায় লৌনদুনা চৎনখি ॥২৫॥ যযাতিগা লোয়নননা উনথ্রবা তুংদা নিংথিক্কববী, মিনোক যজরবী, শর্ম্মিষ্ঠা অসি নিংথৌ অদুগী গর্ভ পুখি ॥২৬॥ মহারাজ! চহি মতম শুবক্লবদা থম্বালমিতা তাবী শর্ম্মিষ্ঠাদো মতনগী মতুং ইন্না স্বর্গগী দেবতাগী মচাগুম্বা মমিৎনা থম্বালগী লৈনা মানবা ফজ্রশুবা মচানিপা অমা পোকখি ॥২৭॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারতকী শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাস লেখবা সংহিতাদা আদিপর্ব্বদা সম্ভবতা যযাতিগী মতাংদা হুম্ফুতারা শুবা অধ্যায লোইবে ॥

—ঃ০ঃ—

# শ্রীমহাভারতম্।

## আদি পর্ব্ব— সম্ভবে যাযাতে

(হুম্ফু,তরামাথোই শুবা অধ্যায়ঃ)

বৈশম্পায়ন উবাচ।

এত্বা কুমারং জাতন্তু দেবযানী শুচিস্মিতা। চিন্তয়ামাস দুঃখার্ত্তা শর্ম্মিষ্ঠাং প্রতি ভাবত। ।১॥

অভিগম্য চ শর্ম্মিষ্ঠাং দেবযান্যব্রবীদিদম্।

দেবযান্যুবাচ।

কিমিদং বৃজিনং সুভ্রু! কৃতং বৈ কামলুব্ধয়া ॥ ২ ॥

শর্ম্মিষ্ঠোবাচ।

ঋষিরভ্যাগতঃ কশ্চিদ্ধর্ম্মাত্মা বেদপারগঃ। স ময়া বরদঃ কাম যাচিতো ধর্ম্মসংহিতম্ ।।৩।।

নাহমন্যায়তঃ কামমাচরামি শুচিস্মিতে। তস্মাদৃষের্মমাপত্যমিতি সত্যং ব্রবীমি তে ॥৪॥

দেবযান্যুবাচ।

শোভনং ভীরু! যদ্যেবমথ স জ্ঞায়তে দ্বিজঃ। গোত্রনামাভিজনতো বেত্তুমিচ্ছামি তং দ্বিজম্ ।।৫।।

শর্ম্মিষ্ঠোবাচ।

তপসা তেজসা চৈব দীপ্যমানং রবিং যথা। তং দৃষ্ট্বা মম সংপ্রষ্টুং শক্তির্নাসীচ্ছুচিস্মিতে। ।।৬।।

দেবযান্যুবাচ।

যদ্যেতদেবং শর্ম্মিষ্ঠে! ন মন্যুর্বিদ্যতে মম। অপত্যং যদি তে লব্ধং জ্যেষ্ঠাচ্ছ্রেষ্ঠাচ্চ বৈ দ্বিজাৎ ॥৭

---

বৈশম্পায়ননা হায়খি— মহারাজ শর্ম্মিষ্ঠানা মচা পোক্লে হায়বসি তাবদা দেবযানীনা থোই-দোক্লা অৱাবা খুংও.ইতবগা লোয়নন। চিন্তা তৌখি ॥ ১ ॥ অদুগী মতুংদা দেবযানীনা শর্ম্মিষ্ঠাগী মফমদা চত্তুনা হায়খি—হে নিংথিজরবী। নংনা তৌবিবসি করিনো? কামগী ৱাখন্দা হেনজ্রিন-মনখিত্তুনা পাপকী থবক তৌবেদকো নংনা ॥ ২ ॥ শর্ম্মিষ্ঠানা হায়খি— ধর্ম্ম চেল্লবা, বেদ হৈববা, সিদ্ধ পুরুষ অমনা ঐঙোন্দা বর অমা পিবিরম্মী, মাদি বর পিবদমু নিরিবা বরন্থ খুদক্তা থুংহনবদমু শক্তি লৈবা মীনি ধর্ম্মগী নিয়ম কাযদনা ঐনা মাংগোন্দা কাম ভোগকী প্রার্থনা অমা তৌজরুরে ।৩॥ দেবযানা। ধর্ম্ম কায়দুনা ওক্তবী অমাগুম্না তৌকবা কর্ম্ম নত্তে; ঋষি অদুগী ওবসদগী ইচা অসি ঐনা ফংজরনি, ঐনা হায়রিবসে থাজেশংবা অচুম্বামক্লি ॥ ৪ ॥ দেবযানীনা হায়খি--নিংথিজরবী! অদুমক ওইরবদি যাম্না যবেনা। অদুদি ব্রাহ্মণ অদুদি মশক মুন্না খংহোবরা? মাগী মমিং মথা শাগৈ জাৎ যাম্না খংনিংঙি ॥ ৫ ॥ শর্ম্মিষ্ঠানা হায়খি-- দেবযানী। মাগী তপস্যাগী তেজনা মাগী মায়থোং অদো নুমিৎকী মণ্ডালগুম লংঙি, মাগী মতিক মগুন উবদা মাগী ৱাশিনা হেনমনখিত্তুনা হৌজিক হায়খিদ মযাম অদো অমত্তা হংবা ঙমহোদরে ॥ ৬ ॥ দেবযানীনা হায়খি— শর্ম্মিষ্ঠা। ফরে অদুমক ওইরবদি, বর্ণদমু হেল্লবা, মগুণ লৈরবা ব্রাহ্মণ অমদগী নচা অসিবু ফংজরবদি ঐ নংভোন্দা

বৈশম্পায়ন উবাচ।

অন্যোন্যমেবমুক্ত্বা তু সম্প্রহস্য চ তে মিথঃ। জগাম ভার্গবী বেশ্ম তথ্যমিত্যবজগ্মুষী ॥৮॥

যযাতির্দেবযান্যাস্তু পুত্রাবজনয়ন্নৃপঃ। যদুঞ্চ তুর্বসুঞ্চৈব শক্রবিষ্ণূ ইবাপরৌ ॥৯॥

তস্মাদেব তু রাজর্ষেঃ শর্ম্মিষ্ঠা বার্ষপর্ব্বণী। দ্রুহ্যঞ্চানুঞ্চ পুরুঞ্চ ত্রীন্ কুমারানজীজনৎ ॥১০॥

ততঃ কালে তু কস্মিংশ্চিদ্দেবযানী শুচিস্মিতা। যযাতিসহিতা রাজন্! জগাম রহিতং বনম্ ॥১১॥

দদর্শ চ তদা তত্র কুমারান্ দেবরূপিণঃ। ক্রীড়মানান্ সুবিশ্রব্ধান্ বিস্মিতা চেদমব্রবীৎ ॥১২॥

দেবযান্যুবাচ।

কস্যৈতে দারকা রাজন্! দেবপুত্রোপমাঃ শুভাঃ। বর্চ্চসা রূপতশ্চৈব সদৃশা মে মতাস্তব ॥১৩॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

এবং পৃষ্ট্বা তু রাজানং কুমারান্ পর্য্যপৃচ্ছত।

দেবযান্যুবাচ।

কিং নামধেয়ং বংশো বঃ পুত্রকাঃ! কশ্চ বঃ পিতা। প্রব্রূত মে যথাতথ্যং শ্রোতুমিচ্ছামি তং হ্যহম্ ॥১৪॥

তেঽদর্শয়ন্ প্রদেশিন্যা তমেব নৃপসত্তমম্। শর্ম্মিষ্ঠাং মাতরঞ্চৈব তথাচখ্যুশ্চ দারকাঃ ॥ ১৫ ॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

ইত্যুক্ত্বা সহিতাস্তে তু রাজানমুপচক্রমুঃ। নাভ্যনন্দত তান্ রাজা দেবযান্যাস্তদান্তিকে ॥ ১৬ ॥

---

কবিমতা শাগুবা লৈতে ॥ ৭ ॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি— দেবযানীগা শর্ম্মিষ্ঠাগা মখোয় অনি মতৌ অস্নুম্না ভহাক অমগা অমগা নোংকমিন্নদুনা ব্বারি শাবদুনা মতম থব লৈমিন্নবম্নগা দেবযানীনা শর্ম্মিষ্ঠানা হায়-বিবদো অচুম্বনি হায়না খন্দুনা ময়মদা তুম্মিন্না হনখি ॥ ৮ ॥ যযাতি নিংথৌগী দেবযানীনা গর্ভদগী অনিশুবা থাগী মতৌগুম্বা অমদি বিষ্ণুগী মতৌগুম শক্তি লৈরবা যদু অমদি তুর্ব্বসু মচানিপা অনি পোকখি ॥ ৯ ॥ অদুগা বৃষপর্ব্বাগী মচানুপী শর্ম্মিষ্ঠাগী গর্ভদগীসু দ্রুহ্য, অনু অমদি পুরু বোবা মচানিপা কাহুম পোকখি ॥ ১০ ॥ মহারাজ! অদুগা মতুংদা নোংমা, নিংথিজবরী মিনোক-মিন্তা ফজরবী দেবযানীগা লোয়নবা অচিকপা লৈকোন্দা অসুম্ কোয়রম্মি ॥ ১১ ॥ মফম অদুদা দেব-যানীনা কবি উবগে হায়বরু লাইগী মচাগুম্বা মশক ফজরবা নিপামচা অনি অহুম মনিংমখা তম্ন, কবি-মতা নিংঙাযদনা শান্নদুনা লৈরে; মাদু উবদা ঙকখদুনা দেবযানীনা হায়খি ॥ ১২ ॥

মহারাজ! স্বর্গগী লাইগী মচাগুম্বা অফবা লক্ষন পুন্নমক্কা তিল্লবা অঙাংশিং অসিবু কদায়দগীনো? অমদি কনাগী মচানো? মখোয়গী মশক মতৌ অমদি তেজসি উবদা মহারাজগী রূপ গুণগী মতৌগুম্মি হায়না ঐনা খল্লি ॥ ১৩ ॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি — দেবযানীনা নিংথৌগী মফমদা অসুম তৌনা হংলম্লগা অঙাংশিং অদুগী মফমদা চংশিনখিদুনা হংখি—ইবুংঙোখোয়! নখোয়দি কনা কনানো? কনাগী মচাশিংনো? নমিং করি করি কৌই? করিজাৎনো? নপামমিং কবিকৌই? অসি পুম্নমক ঐঙোন্দা চুমনা খুম্মু, নখোয়বু পোকপা নপাগী অমদি বংশগী মরমদা খর তানিংঙি ॥ ১৪ ॥ অঙাংশিং অদুনা যযাতিদা খুদোনবী থিন্দুনা শর্ম্মিষ্ঠাবু উহন্দুনা মচিন মচিন মক্কুসু মখোয় অনিগী মচানি হায়রসি ব্রাইহেনঙ ফোং-দোকখি ॥ ১৫ ॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি — অঙাংশিং অদুনা ব্রসি হায়রম্নগা যযাতি বোমদা কোনগে হায়দুনা চেনশিনখি; মতম অদুদা দেবযানী অসি নিংথৌগী নাক্ত লৈ, দেবযানীবু খংহনিংদবনা অঙাংশিং

ক্রুদ্ধাস্ত্বথ শর্ম্মিষ্ঠামস্তু পূর্ব্বা বাহুতঃ। এষা তু তথাং বালানাং সব্রীড ইব পার্থিবঃ ॥ ১৭ ॥
দৃষ্ট্বা তু তেষাং বালানাং প্রণয়ং পার্থিবং প্রতি। বুদ্ধা চ তত্ত্বং সা দেবী শর্ম্মিষ্ঠামিদমব্রবীৎ ॥১৮॥

দেবযান্যুবাচ।

মদধীনা সতী কস্মাদকার্ষীর্বিপ্রিয়ং মম। তমেবাসুরধর্ম্মং ত্বমাস্থিতা ন বিভেষি মে ॥১৯॥

শর্ম্মিষ্ঠোবাচ।

যদুক্তমৃষিরিত্যেব তৎ সত্যং চারুহাসিনি। ন্যায়তো ধর্ম্মতশ্চৈব চেষ্টী ন বিভেমি তে ॥২০॥
যদা ত্বয়া বৃতো ভর্ত্তা বৃত এব তদা ময়া। সখীভর্ত্তা হি ধর্ম্মেণ ভর্ত্তা ভবতি শোভনে। ॥২১॥
পূজ্যাসি মম মান্যা চ জ্যেষ্ঠা চ ব্রাহ্মণী হ্যসি। ত্বত্তোহপি মে পূজ্যতমো রাজর্ষিঃ কিং ন বেত্থ তৎ ॥২২॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

শ্রুত্বা তস্যাস্ততো বাক্যং দেবযান্যব্রবীদিদম্। রাজন্! নাদ্যেহ বৎস্যামি বিপ্রিয়ং মে কৃতং ত্বয়া ॥২৩॥
সহসোৎপতিতাং শ্যামাং দৃষ্ট্বা তাং সাশ্রুলোচনাম্। তূর্ণং সকাশং কাব্যস্য প্রস্থিতাং ব্যথিতস্তদা ॥২৪॥
অনুবব্রাজ সম্ভ্রান্তঃ পৃষ্ঠতঃ সান্ত্বয়ন্ নৃপঃ। ন্যবর্ত্তত ন চৈব স্ম ক্রোধসংরক্তলোচনা ॥২৫॥
অবিব্রুবন্তী কিঞ্চিৎ সা রাজানং সাশ্রুলোচনা। অচিরাদেব সম্প্রাপ্তা কাব্যস্যোশনসোঽন্তিকম্ ॥২৬॥

---

অঙ্কবু তেগাম তবাম তেংদুনা কেনশিনানিংদবে ॥ ১৬ ॥ অদুদগী অদুপাংশিং অদু বপ্র বপাতনা মমা শর্ম্মিষ্ঠাগী মফ দা চৎথি। নিংথৌনা মখোয়গী বপ্পা অদু ভাবদা ইকায় নুংশি হাপ্পখিতনা লুলুকথনা তুমিন্না লৈখি ॥ ১৭ ॥ দেবযানীনা নিংথৌবু যাম্না হুংশি নুংশিনা চৎলিবা অঙাংশিং অদুবু উবদা, মহাক্কী থাজ্জশেংবা থৌওং খংনদুনা শর্ম্মিষ্ঠাগী মফমদা চংশিনদুনা হায়খি—শর্ম্মিষ্ঠা! নংনা ঐগী ইখা পেন্দুনা ইনাই ওপী ওইদুনা লৈবগা ঐনা পামদবা যেংইবা থবক তৌবেদো, হৌজিক যাওবা অসুরগী চৎচৎ থাদোকত্রি! নং ঐবু কবি অমত্তা বিদ্রা। ॥ ১৮ — ১৯ ॥ শর্ম্মিষ্ঠানা খুম্ম — দেবযানী! ঐনা হায়খিবা "ঋষি" হায়বা ব্বাহৈ অদুদা কবি তয়ানবা যাওদ্রবগে, ঋষি মক্কী মচাশিংনি অদুনা ন্যায় অমদি ধর্ম্মগী মতুংইন্না চৎলিবনিনা ঐ নংবু কবি অমত্তা বিদে ॥ ২০ ॥ অদুদা নত্তনা নংনা তৌব্বা থবক অদুমক ঐস্ম তৌবনি, নংনা নপুরোল্বনি হায়না বব্বিবা নিপা অদুদা নুমিৎ অদুদা ঐগী থব্বাই হকচাংস্মু মাঙোন্দা কৎখৎবনি। মরমদি ধর্ম্ম শাস্ত্রগী মতুংইন্না ঐগী সখীগী মপুবোইবদি ঐনক্কীসু ইপুবোইবনি ॥ ২১ ॥

নংনা ঐঙোন্দগী চহিদস্ত্র জাতিদস্মু ইথক থোংবনি চহিদা অহল ওইরবী ব্রাহ্মণগী মচা নুপীনি; মবম অদুনা হিনম পুন্নমক্তা ঐগী পুজা তৌনম অমদি ইরায় খুমনগম. অসিদগী হেন্দোক্কনা নংঙোন্দগীস্মু নিংথৌ অসিনা হেন্না ঐঙোন্দা ইবাৎনফনি হায়বসি কদ্দিগী থংদ্রিবনো ? ॥২২॥ বৈশম্পা-য়ননা হায়খি—দেবযানীনা শর্ম্মিষ্ঠাগী ব্বা তাবদা যযাতিদা হায়খি — মহারাজ! ঐনা যাদবা থবক তৌবিরবনিনা ঙসিদগী হৌনা মহারাজগী য়ুমদা ঐ লৈরোই ॥২৩॥ অসি হায়বগা দেবযানীনা চৎক-দোবগী ফুক হৌগৎলে মহাকক্কী মাইথোং অদু মকশিলখে, মিৎলু অনিদগী পী শিন্থখি; অসিগুম্বা অবস্থাদা থুনা যাংনা শুক্রাচার্য্যগী মফম তান্না চৎখি; মহু উবদা নিংথৌস, অব্বাবা নুংশা থিবগা লোয়নন্না থুৎ থাজ্জৎতুনা খামনা খামনা দেবযানীগী মতুং প্রপ প্রপ ইন্নখি; অদুবু শাওবনা মমিত্তু ঈকায়বী দেবযানীনা নিংথৌরোমদা হন্নামক্তা যেংলমদনা চৎখি ॥২৪-২৫॥ মপী তরং তরং চেল্লবী দেবযানী

সা তু দৃষ্ট্বৈব পিতরমভিবাদ্যাগ্রতঃ স্থিতা। অনন্তরং যযাতিস্তু পূজয়ামাস ভার্গবম্ ॥২৭॥

দেবযান্যুবাচ।

অধর্ম্মেণ জিতো ধর্ম্মঃ প্রবৃত্তমধরোত্তরম্। শর্ম্মিষ্ঠয়াতিবৃত্তাস্মি দুহিত্রা বৃষপর্ব্বণঃ ॥২৮॥
ত্রয়োঽস্যাং জনিতাঃ পুত্রা রাজ্ঞানেন যযাতিনা। দুর্ভগায়া মম দ্বৌ তু পুত্রৌ তাত! ব্রবীমি তে ॥২৯॥
ধর্ম্মজ্ঞ ইতি বিখ্যাত এব রাজা ভৃগূদ্বহ! অতিক্রান্তশ্চ মর্য্যাদাং কাব্যৈতৎ কথয়ামি তে ॥৩০॥

শুক্র উবাচ।

ধর্ম্মজ্ঞঃ সন্ মহারাজ! যোঽধর্ম্মমকৃথাঃ প্রিয়ম্। তস্মাজ্জরা ত্বামচিরাদ্ধর্ষয়িষ্যতি দুর্জ্জয়া ॥৩১॥

যযাতিরুবাচ।

ঋতুং বৈ যাচমানায়া ভগবন্নান্যচেতসা। দুহিতুর্দানবেন্দ্রস্য ধর্ম্ম্যমেতৎ কৃতং ময়া ॥৩২॥
ঋতুং বৈ যাচমানায়া ন দদাতি পুমানৃতুম্। ভ্রূণহেত্যুচ্যতে ব্রহ্মন্! স ইহ ব্রহ্মবাদিভিঃ ॥৩৩॥
অভিকামাং স্ত্রিয়ং যশ্চ গম্যাং রহসি যাচিতঃ। নোপৈতি স চ ধর্ম্মেষু ভ্রূণহেত্যুচ্যতে বুধৈঃ ॥৩৪॥
যদ্যদ্বৃণোতি মাং কশ্চিত্তত্তদ্দেয়মিতি ব্রতম্। ত্বয়া চ সাপি দত্তা মে নান্যং নাথমিহেচ্ছতি ॥৩৫॥

---

যানীনা নিংথৌদা কবিনতা খুমমদনা থুনা যা না মপা শুক্রাচায্যগী মথমদা গৌখি ॥২৬॥ দেবযানীনা শুক্রাচার্য্যদা থুরুমহনা ভুমিন্না মা দা লেপ্লুনা লৈ, অদুগা মতুংদা যযাতিসু প্রপ প্রপ চংলক্লুনা শুক্রাচাযগী মফমদা খুবম্ম ॥২৭। দেবযানীনা হায়খি—অধর্ম্মনা ধর্ম্মবু জয় তৌরে অদুগা মখাদা লৈদৌদোবনা মথক্তা থাবক্লে, বৃষপর্ব্বাগী মচানুপী শর্ম্মিষ্ঠা ইথক কান্দুনা চৎখ্রে ॥২৮॥

বাবা! ঐনা হায়জবিবসি তাবিয়ু অচুম্বনি, শর্ম্মিষ্ঠাগী গর্ভদা যযাতি নিংথৌ অসিগী পোকখিবা মচা অহুম শুখ্রে, ঐদি লাইরবক থিবানা ঐগাদি ইচা অনিদমক চাইবী ॥২৯॥ বাবা! ঐনা হায়রিবদি ধর্ম্ম খংবনি হায়না যাউরিবা নিংথৌ অসিনা ধর্ম্ম অদুগী নথদা লাক্লে ॥৩০॥ শুক্রাচার্য্যনা হায়খি—মহারাজ! ধর্ম্ম খংবনি হায়বা নংগী খংশিজরবা ধর্ম্মবু থাদোক্লুনা অধর্ম্ম তৌরেদো, চেন্দুনা হিংলবোইদবা অহল ওইবকপা হায়বা লাইথুং অত্তনা নংতোন্দা থুনা যাংনমক লাক্লগদৌরনি ॥৩১॥ যযাতিনা হায়খি—মতিক চাউরবা! দানব নিংথৌগী মচানুপী শর্ম্মিষ্ঠানা মাগী ঋতুবু অবেন্দা মাংবনবিগনু হায়না ঐতোন্দা মথৱাই শোক্না হায়জখি, মাদুগা ঐনা ধর্ম্মনা যাদবা থবক তৌখিবা নত্তে, ধর্ম্মগী মতুংইন্না থবক তৌখিবনি, অসি নত্তুনা অতৈ অত্তোপ্পা নত্তবা বাখল্দা ঐনা থবক অসি তৌখিবা নত্তে ॥৩২॥ মহর্ষি! অদুগুম্বা নিপা অমনা ঋতুবু মতৈ যালহনবিয়ু হায়না থৱাই যাওনা হায়জরবী বমণী অমগী ঋতু অদুবু ভাকপিদ্রবা মহাক অদুদি বেদ খংবা ঋষিশিংনা ভ্রূণহত্যা হায়বদি মচা য়ৈথবা মীনি হায়না শিংথানৈ ॥৩৩॥ অদুগুম্বা নিপা অদুনা অচিকপদা কনাগুম্বা নুপী অমনা উননিংবগী বাখলনা হায়জরবা ফাওবদা য়াবিথিদ্রবা মহাক অদুবু শাস্ত্র খংবা পণ্ডিতশিংনা ভ্রূণহত্যা তৌবা মীনি হায়না লৌই ॥৩৪॥ নিংথৌ ঐতোন্দা কনাগুম্বা কনাগুম্বীনা পীয়ু হায়রবা পোৎ অদুদি অমা ওইরবসু অমবু ওইরবসু শোযদনা পীগনি হায়রবসি ঐগী লেপথ্রবা ব্রত অমনি। অসিদি লাইরবুনা দেবযানীবু ঐতোন্দা পীরিবা মতমদা শর্ম্মিষ্ঠাবুসু ঐগী ইথুক্তা দান ওইনা থাদবিখিবনি; অদুনা সতী অসিনা ঐ নত্তনা অতোপ্পা নিপা অমবু থনখিদে ॥৩৫॥

ইত্যেতানি সমীক্ষ্যাহং কারণানি ভৃগূদ্বহ! অধর্ম্মভয়সংবিগ্নঃ। শর্ম্মিষ্ঠামুপজগ্মিবান্ ॥৩৬॥

শুক্র উবাচ।

নন্বহং প্রত্যবেক্ষ্যস্তে মদধীনোঽসি পার্থিব! মিথ্যাচারস্ত ধর্ম্মেষু চৌর্য্যং ভবতি নাহুষ! ॥৩৭॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

ক্রুদ্ধেনোশনসা শপ্তো যযাতির্নাহুষস্তদা। পূর্ব্বং বয়ঃ পরিত্যজ্য জরাং সদ্যোঽন্বপদ্যত ॥৩৮॥

যযাতিরুবাচ।

অতৃপ্তো যৌবনস্যাহং দেবযান্যাং ভৃগূদ্বহ! প্রসাদং কুরু মে ব্রহ্মন্! জরেয়ং ন বিশেচ্চ মাম্ ॥৩৯॥

শুক্র উবাচ।

নাহং মৃষা ব্রবীম্যেতজ্জরাং প্রাপ্তোঽসি ভূমিপ! জরাং ত্বেতাং ত্বমন্যস্মিন্ সংক্রাময় যদিচ্ছসি ॥৪০॥

যযাতিরুবাচ।

রাজ্যভাক্ স ভবেদ্ব্রহ্মন্! পুণ্যভাক্ কীর্ত্তিভাক্ তথা। যো মে দদ্যাদ্বয়ঃ পুত্রস্তদ্ভবাননুমন্যতাম্ ॥ ৪১॥

শুক্র উবাচ।

সংক্রাময়িষ্যসি জরাং যথেষ্টং নহুষাত্মজ! মামনুধ্যায় ভাবেন ন চ পাপমবাপ্স্যসি ॥৪২॥

বয়ো দাস্যতি তে পুত্রো যঃ স রাজা ভবিষ্যতি। আয়ুষ্মান কীর্ত্তিমাংশ্চৈব বহ্বপত্যস্তথৈব চ ॥৪৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

সম্ভবে যযাতে একসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ ॥ ০॥

——:(+):——

ভৃগু শাগৈগী অথোইবা! পুন্নমক অসি মুন্না বিচার তৌবিহনা ধর্ম্ম অমদি অধর্ম্ম অনিমক্তা কবি হায়বক্কদগে হায়বসি মুন্না শক্লুত্না অনিমকপু কিবনা শর্ম্মিষ্ঠানা নিংজবা থুংহনখিবনি ॥ ৩৬ ॥ শুক্রাচার্য্যনা হায়খি — নিংথৌ! থবক অসি তৌবা তাববস্থু ঐগী ইরাতদি তাবগা তৌবমগদৌবনি, মরমদি নিংথৌ ওইববস্থ নংদি ঐগী ইথাদা লৈবনি। অদুগা যযাতি! ধর্ম্মগী মবমদা ডাংডি হায়হনস্থু মানম্বনা ধর্ম্ম অদুগী মীচং চংলবদি হুবানবগা অক্মানি ॥ ৩৭ ॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি — শুক্রাচার্য্যনা অসুম্না শাউদুনা যযাতিদা অভিশাপ হেক তৌবগা খুদক্তা যৌবনওইবা অবস্থাবু থাদোক্নুনা অহল ওইখ্রে ॥ ৩৮ ॥ যযাতিনা হায়জখি ভৃগু শাগৈগী লেম্নজফম ওইববা! যৌবন অবস্থাদা লৈদুনা দেবযানীগা লোয়নবা নৈমিন্নদুনা শান্নবগী নুংঙাইবদো পেনজদ্রি, অদুনা অমুক্তা ঐবু খোজালবিয়ু, ফংলিবা জবা অসি বোক্লনবা তৌবিয়ু ॥ ৩৯ ॥ শুক্রাচার্য্যনা হায়খি — নিংথৌ! ঐনা হায়বা খক অবেম্বা ওইবোই, যেংঙু, নং অসি হন্নুববনি। নংনা হায়জববনিনা মশানা য়াবা নিপা অমদা নংগী অবস্থা অসে শিন্নথোকপা যাবা ওইসনু ॥ ৪০ ॥ যযাতিনা হায়খি—মহর্ষি! অঙ্গুম্বা ইচা অদুনা ঐগী হন্নুবা চহি মতাং অসি লৌ হায়বা যাবা অদুতনা নিংথৌ ওইদুনা পুন্সি তোললোইনা ঐগী শাগৈবু মিংচৎ চাওহনবা পিবা অমা ওইহনবিয়ু, মাসিতদি যাবিয়ু ॥ ৪১ ॥ শুক্রাচার্য্যনা হায়খি — যযাতি! নংনা ঐবু ঐগী মূর্ত্তিবু নপুক্লিং অনি লোংদনা ধ্যান তৌদুনা নংগী চহি মতাং অসে পীনিংবা অমদা পীথোকপা ঙম্মু; মদুদা নংগী করিগুম্বা পাপ অমত্তা লৈরোই ॥ ৪২ ॥ অদুগা অঙ্গুম্বা নচা অদুনা নংঙোন্দা মাগী যৌবন অবস্থাবু পীথোকপা ঙম্বাদো মহাক্তনা মপুন্সি শাংনা, জগৎ-ফাওরবা মিংচৎকা লোয়ননা মচা মশুযাম্না পোক্নুনা অচৌবা নিংথৌ অমা ওইনা পালহৌসনু ॥ ৪৩ ॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা

আদিপর্ব্বদা সম্ভবদা যযাতিগী মতাংদা হুম্ফুতরামাথোই শুবা অধ্যায় লোইরে ॥ ০ ॥

——(*)——

# শ্রীমহাভারতম্

## আদিপর্ব্ব— সম্ভবে যাযাতে

### ( হুম্ফুতরানিথোইশুবা অধ্যায় )

——:*:——

বৈশম্পায়ন উবাচ ।

জরাং প্রাপ্য যযাতিস্তু স্বপুরং প্রাপ্য চৈব হি । পুত্রং জ্যেষ্ঠং বরিষ্ঠাঞ্চ যদুমিত্যব্রবীদ্বচঃ ।।১।।

যযাতিরুবাচ ।

জরা বলী চ মাং তাত পলিতানি চ পর্য্যগুঃ । কাব্যস্যোশনসঃ শাপান্ন চ তৃপ্তোঽস্মি যৌবনে ।।২।।

ত্বং যদো ! প্রতিপদ্যস্ব পাপ্মানং জরয়া সহ । যৌবনেন ত্বদীয়েন চরেয়ং বিষয়ানহম্ ।।৩।।

পূর্ণে বর্ষসহস্রে তু পুনস্তে যৌবনং ত্বহম্ । দত্ত্বা সম্প্রতিপৎস্যামি পাপ্মানং জরয়া সহ ।।৪।।

যদুরুবাচ ।

জরায়াং বহবো দোষাঃ পানভোজনকারিতাঃ । তস্মাজ্জরাং ন তে রাজন্ ! গ্রহীষ্য ইতি মে মতিঃ ।।৫।।

সিতশ্মশ্রুর্নিরানন্দো জরয়া শিথিলীকৃতঃ । বলীসঙ্গতগাত্রশ্চ দুর্দ্দর্শো দুর্ব্বলঃ কৃশঃ ।।৬।।

অশক্তঃ কার্য্যকরণে পরিভূতঃ সযৌবনৈঃ । সহোপজীবিভিশ্চৈব তাং জরাং নাভিকাময়ে ।।৭।।

সন্তি তে বহবঃ পুত্রা মত্তঃ প্রিয়তরাঃ নৃপ ! জরাং গ্রহীতুং ধর্ম্মজ্ঞ ! তস্মাদন্যং বৃণীষ্ব বৈ ।।৮।।

---

বৈশম্পায়ননা হায়খি— যযাতিনা থুদক্তা হমুরকতুনা কোম্মুংদা লাক্লগা মগুণচেনবা মচানিপা অহল অহুদা ব্রা অসি হায়খি ।১॥ ইবুংঙো ! শুক্রাচার্য্যগী শাপতগী থুনা য়াংনা এঙোন্দা জরা কোবা লাইথুং অহু লাক্লবা অসিনি, শক শয়াং পুমনমক অসি হিকথরে অমসুং শম-তু পুম্নমক পোক ঙাকতা ঙাইরে; অসি য়ৌরবা যাওবদা যৌবন অবস্থাগী মুঙাইরা অদুমদি হৌক্তিক ফাওবা ভোগ তৌবা পেনখিদ্রি ।।২॥ মরম অহুনা যদু ! ঐগী পাপ অমদি অহল ওইবা হায়বা লাইথুং অসে নং লৌরো, নংগী মথোক-কাবকপা অবস্থাদো লৌরগা সংসারগী মুঙাইবসে থর কুইনা ভোগ তৌথখিগে ।।৩॥ অহুগী মতুংদা চহি লিশিং অমা ফারগা নংগী যৌবন অবস্থাসি নঙোন্দা অমুক পিশিল্লগা ঐগী নংঙোন্দগী পাপ অমদি জরা অসি অমুক লৌগে ।।৪॥ যদুনা হায়খি— হমুরবদি চাবা থকপদা অয়াম্বা দোষ অমদি অৱাবা লাক্কনি, অদুনা পাবুং মহারাজ ! ঐ জরা হায়বদো লৌজবা ঙম্মোই অসুম হায়না ঐগী ৱাখল্দা লেপ-চরে ।।৫॥ অহল ওইরবদি শম, কোইনচিংবা লোইনা ভোরক্কনি, পুকনিংদা করিগুম্বা মুঙাইবা অমতা লৈররোই, হকচাংগী কায়াৎ পুম্নমক চোকথরক্কনি, লু-তোং পুম্নমক হিকথরক্কনি, শক-চু থীরককনি, হকচাং অসি কংশিল্লকপা অমদি খুইজিল্লকপনা করিগুম্বা থবক অমতা তৌবা ঙমরোই, মতম অহুদা ঐগী মরূপ পাথংশিংনা ঐবু নোক্করক্কনি অমদি উশিৎলোই ; মরম অহুনা অহল ওইবা হায়বা অসি লৌজবা ঙমলোই ।।৬—৭॥ মহারাজ ! ঐ নত্তবা এঙোন্দগীসু হেন্না নুংশিবিবা নচাশিং য়ামনা লৈরি,

যযাতিরুবাচ।

যত্ত্বং মে হৃদয়াজ্জাতো বয়ঃ স্বং ন প্রযচ্ছসি। তস্মাদরাজ্যভাক্ তাত! প্রজা তব ভবিষ্যতি ॥৯॥
তুর্বসো! প্রতিপদ্যস্ব পাপ্মানং জরয়া সহ। যৌবনেন চরেয়ং বৈ বিষয়াংস্তব পুত্রক। ॥১০॥
পূর্ণে বর্ষসহস্রে তু পুনর্দাস্যামি যৌবনম্। স্বঞ্চৈব প্রতিপৎস্যামি পাপ্মানং জরয়া সহ ॥১১॥

তুর্বসুরুবাচ।

ন কাময়ে জরাং তাত! কামভোগপ্রণাশিনীম্। বলরূপান্তকরণীং বুদ্ধিপ্রাণপ্রণাশিনীম্ ॥১২॥

যযাতিরুবাচ।

যত্ত্বং মে হৃদয়াজ্জাতো বয়ঃ স্বং ন প্রযচ্ছসি। তস্মাৎ প্রজা সমুচ্ছেদং তুর্বসো! তব যাস্যতি ॥১৩॥
সঙ্কীর্ণাচারধর্ম্মেষু প্রতিলোমচরেষু চ। পিশিতাশিষু চান্ত্যেষু মূঢ়! রাজা ভবিষ্যসি ॥১৪॥
গুরুদারপ্রসক্তেষু তির্য্যগ্‌যোনিগতেষু চ। পশুধর্ম্মেষু পাপেষু ম্লেচ্ছেষু ত্বং ভবিষ্যসি ॥১৫॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

এবং স তুর্বসুং শপ্ত্বা যযাতিঃ সুতমাত্মনঃ। শর্ম্মিষ্ঠায়াঃ সুতং দ্রুহ্যুমিদং বচনমব্রবীৎ ॥১৬॥

যযাতিরুবাচ।

দ্রুহ্যো! ত্বং প্রতিপদ্যস্ব বর্ণরূপবিনাশিনীম্। জরাং বর্ষসহস্রং মে যৌবনং স্বং দদস্ব চ ॥১৭॥

---

মরম অদুনা মখোযগী মনুংদা অযাবা অমদা জরাসি লৌহনবিযু, অদুগা লৌননবা হায়বিক ॥৮॥ যযাতিনা হাযখি— ইবুংঙো নংবু ঐনা পোকপিবগা নংনা ঐঙোন্দা নংগী যৌবন অদুবু পিথোকপা ঙমদে, অদুনা তুংদা নংগী নচা নশু অমত্তনা নিংথৌ ওইবা যংদসনু ॥৯॥

তুর্ববসু ইবুংঙো! নং ইপাগী পাপ অমদি জরা অসি লৌ হাযববু করি হাযবগে, ইপানা নংগী যৌবন অবস্থা অদু লৌরগা যৌবনগী হুংঙাইবা অমুক্তা ফংখিগে ॥ ১০ ॥ চহি লিশিং অমা হেক ফাবগা নংগী অবস্থা অসে ইপা নংঙোন্দা শিন্নগে, অদুগা নংঙোন্দগী পাপ অমদি জরা অদো ঐ অমুক লৌগে ॥ ১১ ॥ তুর্বসুনা হায়খি — পাবুং! জরা হায়বা লাইথুং অসিনা কাম সম্ভোগকী অপাম্বা অমদি ব্রাখল হকচাংগী শক্তি অমদি ফজবা, অফ ফত্ত ব্রাখল, নোম্বা কনবা অমদি উইন কনবা পুন্নমক অসি মাংহল্লিবনি; অদুগা জরা হায়বদো ঐদি পামজদে, লৌবা ঙমজরোই ॥ ১২ ॥ যযাতিনা হাযখি — ঐগী ঔরসতগী পোকলকপা নংনি, অদুগসু নংগী যৌবন অদুবু ঐঙোন্দা পীথোকপা ঙমদ্রে অমদি পীথোকনিংদ্রে; নংগী বংশ মখৈ মুংলসনু ॥ ১৩ ॥ অদুগা মূর্খ! নংদি আচার ব্যবহার মফম থংদবা চাণ্ডালনচিংবা প্রতিলোভদগী পোকপা, বর্ণ সঙ্কর, মুন্দবা অমদি শাহিং চাবা অদুগা অতোনবা ধোবী অমদি চামারনচিংবা পুন্নমক্কী নিংথৌ ওইনু ॥ ১৪ ॥ অদুগা গুরুগী ভার্য্যাদা নত্তবা ব্রাথন্না য়েংলুবা অমদি চংলুবা, শাঙাদা নত্তবা ব্রাথন্না চংলুবা, শাংগা পাংথক ওইবা পাপী। অমদি ম্লেচ্ছশিংগী নিংথৌ ওইগদৌবনি নংদি ॥ ১৫ ॥ বৈশমপায়ননা হায়খি — যযাতিনা মতৌ অসুম্না শাপ তৌরগা শর্ম্মিষ্ঠাগী মচা দ্রুহ্যুদা হাযখি ॥ ১৬ ॥

যযাতিনা হায়খি— দ্রুহ্য! চহি লিশিং অমা চুপনা হকচাংগী কুচু-কুমেন পুমনমক মাংনবগী

পূর্ণে বর্ষসহস্রে তু পুনর্দাস্যামি যৌবনম্। স্বঞ্চাদাস্যামি ভূয়োঽহং পাপ্মানং জরয়া সহ ।।১৮।।

ব্রহ্যুরুবাচ।

ন গজং ন রথং নাশ্বং জীর্ণো ভুঙ্‌ক্তে ন চ স্ত্রিয়ম্ বাগ্‌ভঙ্গশ্চাস্য ভবতি তাং জরাং নাভিকাময়ে ।।১৯।।

যযাতিরুবাচ।

যস্ত্বং মে হৃদয়াজ্জাতো বয়ঃ স্বং ন প্রযচ্ছসি। তস্মাদ্দ্রুহ্যো! প্রিয়ঃ কামো ন তে সম্পৎস্যতে কর্হিচিৎ ।।২০।।

যত্রাশ্বরথমুখ্যানামশ্বানাং স্যাদ্গতং ন চ। হস্তিনাং পীঠকানাঞ্চ গর্দ্দভানাং তথৈব চ।

বস্তানাঞ্চ গবাঞ্চৈব শিবিকায়াস্তথৈব চ ।।২১।।

উড়ুপপ্লবসন্তারো যত্র নিত্যং ভবিষ্যতি। অরাজা ভোজশব্দং ত্বং তত্র প্রাপ্স্যসি সান্বয়ঃ ।।২২।।

যযাতিরুবাচ।

অনো! ত্বং প্রতিপদ্যস্ব পাপ্মানাং জরয়া সহ। একং বর্ষসহস্রন্তু চরেয়ং যৌবনেন তে ।।২৩।।

অনুরুবাচ।

জীর্ণঃ শিশুবদাদত্তেঽকালেঽন্নমশুচির্যথা। ন জুহোতি চ কালেঽগ্নিং তাং জরাং নাভিকাময়ে ।।২৪।।

---

মশক ওইববা ইপাগী জবা অসি নংলৌ, অদুগা নংগী যৌবন অদু ঐঙোন্দা পীযু ।।১৭।। চহি লিশিং অমা হেক শুনা মুমিৎ অদুদা নংগী যৌবন অসে ইপা পীগে, নঙোন্দগী পাপকা জরাগা অমুক লৌশিনগে।১৮।। দ্রুহ্যুনা হায়খি— হমুবনা ময়াং বংলবা মীনা শগোল-শামু রথনাচিংবা তোংবা থৌবা ঙমদে, মুপী-নহাশিংগা মুঙাইমিন্নবগী শক্তিসু লৈরক্তে, মখোল-মরা লৌবা য়ারক্তে, মরম অদুনা জরা হায়বসু পামজনা লৌজবা ঙমজবোই।।১৯।। যযাতিনা হায়খি— দ্রুহ্যু! নংবু ঐনা পোকপিবগা নংগী যৌবনবু ঐঙোন্দা পীনিংদ্রে অমদি পীদ্রে, অদুনা নংগী নিংবা অমতা থুংদবা ওইসনু ।।২০।। অদুগা অদুগুম্বা দেশদা শগোল-শামু, রথ-দোলাই, লোল্লা, হামেং, যল অমদি মনঙন্দা মীবু হোন্দুনা পোতুনা চৎপাশিং অসিনা হঙৎ হন্দা চেম্বোক চেঙ্গিন তৌবা ঙমদবা, অদুগা হি, পোং অসিগুম্বা অতাওবা বাস্তনতনা হঙৎ হন্দা চৎপদা ময়াবা মফম অদো নংদি নচা নশুগা লোয়ননা নিংথৌ ওইনা ফংদনা ভোজ কৌবা মিংথোল অসি ফংহনা লৈরুগদবনি।২১—২২।। *

যযাতিনা হায়খি— অনু! নং চহি লিশিং অমা চুপ্পা ইপাগী পাপ অমদি জরা অসি লৌ, নংগী চহি মতাং অদো লৌদুনা ইপা অমুক্তা কোয়না চৎতুনা মুঙাইখিগে ।।২৩।। অনুনা খুমখি— অহল ওইরকপা হায়বা অসিদি অঙাং অমদি তোল্লবা জাত্তা পোকপা অমগুমনা চাহৈবা চাহৈদবা, মতম চাবা চাদবা অমদি অশেং-অমাংগী আচার বিচার নাইরক্তে, অদুগা মতমচানা হোম তর্পননচিংবা তৌবা

---

* টিকা— মসিগী ভাবত্তি মাকৈ মরিমক্তা সমুদ্রনা ইকোয় কোয়শিনবা, শগোল, শামু য়াম্না তাংবা হি অমদি জহাজনাচিংবা অসিতনা মখোয়গী হঙৎ হন্দা চৎনবগী খুংলাই ওইবা, ঈশিদা য়াম্না হৈনবা লালোন ইতিক শা লান্নচিংবসু ঈশিংদতা হৈনবা ঈশিং মপানদা লৈবনা, অইংবা মফমদা লৈগনবা অদুগা ভোজ হায়বদি "ভোতা" হায়বা আধি ভৌতিক উন্নতিবু য়াম্না পামজবা অসিগুম্বা অশেং-অমাং থায়দবা (ম্লেচ্ছ) জাতীনা লৈবা লমদা লৈরুরো হায়না শাপ তৌখিবনি।

যযাতিরুবাচ।

যত্ত্বং মে হৃদয়াজ্জাতো বয়ঃ স্বং ন প্রযচ্ছসি। জরাদোষস্ত্বয়া প্রোক্তস্তস্মাত্ত্বং প্রতিলপ্স্যসে ॥২৫॥

প্রজাশ্চ যৌবনপ্রাপ্তা বিনশিষ্যন্ত্যনো! তব অগ্নিপ্রস্কন্দনপরস্ত্বঞ্চাপ্যেবং ভবিষ্যসি ॥২৬॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

প্রত্যাখ্যাতশ্চতুর্ভিশ্চ শপ্ত্বা তান্ যদুপূর্ব্বকান্। পূরোঃ সকাশমগমত্ত্বা পুরুমলঙ্ঘনম্ ॥২৭॥

যযাতিরুবাচ।

পূরো! ত্বং মে প্রিয়ঃ পুত্রস্ত্বং বরীয়ান্ ভবিষ্যসি। জরা বলী চ মাং তাত! পলিতানি চ পর্য্যগুঃ।
কাব্যস্যোশনসঃ শাপান্ন চ তৃপ্তোঽস্মি যৌবনে ॥২৮॥

পূরো! ত্বং প্রতিপদ্যস্ব পাপ্মানং জরয়া সহ। কঞ্চিৎ কালং চরেয়ং বৈ বিষয়ান্ বয়সা তব ॥২৯॥

পূর্ণে বর্ষসহস্রে তু পুনর্দাস্যামি যৌবনম্। স্বঞ্চৈব প্রতিপৎস্যামি পাপ্মানং জরয়া সহ ॥৩০॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

এবমুক্তঃ প্রত্যুবাচ পূরুঃ পিতরমঞ্জসা। যথাত্থ মাং মহারাজ! তৎ করিষ্যামি তে বচঃ ॥৩১॥

প্রতিপৎস্যামি তে রাজন্! পাপ্মানং জরয়া সহ। গৃহাণ যৌবনং মত্তশ্চর কামান্ যথেপ্সিতান্ ॥৩২॥

---

হৌদ্রে। মরম অহুনা জরা হাযরদো ঐ লৌজর পম্মোই ॥২৪॥ যযাতিনা হাযখি— ঐগী ওরসতগী অমদি থমোইদগী চোংথোক্লকতুনা তাইবংদা পোল্লবগা ঐনা হাযবা ইন্দতুনা যৌবন অদু ফাওবা পী-থোকপা ঙমদে, অহোযনবুম জরাগী দোষতুম হায়র্রব, অহুনা নংদি জরা অদুমক ফংলো।২৫॥ অহুগা অহু! নংগী মচা নশু পুম্নমক মথোক হেক হেক কাবকপদা শিবা ওইসনু, অহুগা নংসু বেদনা তাক্লম্বা যজ্ঞনচিংবা অগ্নিকর্ম্ম পুম্নমক তৌদবা অমদি হৈতবা ওইসনু ॥২৬॥ বৈশম্পাযননা হায়খি— যযাতিনা মতৌ অসুমনা যদুনচিংবা মচা মরিদা শাপ তৌবম্লগা, মচা পূরুদি মপানা হায়বা ইনগনি, অমদি থক হীকতোকপা তৌবোই হাযরসি খন্দুনা অমদি থাজহনা মচা পূরুগী মফমদা চৎখ্রে।২৭॥

যযাতিনা হাযখি — পূরু নংদি ইপাগী সুংশিজরবা ইচানি, নচিন ননাওশিংগী মরক্তা নংনা মকোক ওইগদৌরিবনি। ইবুংঙো! শুক্রাচার্য্যগী শাপতগী ইপা খংহৌদনা অহল ওইখ্রে, হকচাংগী লু তোং পুম্নমক শিংরে অমদি হীকথরে, শম কোয অসি পুম্নমক পোককী পোকঙাক্ত ঙাযথরে, মথোক কারকপগী সুংঙাইবদো পেলহৌদরে ॥ ২৮ ॥ পূরু! নং ঐগী পাপকা জরাগা অনি অসি থর লৌথো, ঐনা নংঙোন্দগী নংগী চহি মতাং অসি লৌরগা মতম খরদং বিষয় ভোগ তৌখিগে ॥ ২৯ ॥ চহি লিশিং অমা হেক ফাবা সুমিৎ অদুদা নংগী যৌবন ওইবা অবস্থা অসি অমুক লৌজো, ঐসু নংঙোন্দগী পাপকা জরাগা অনি অসি অমুক লৌশিনগে॥ ৩০ ॥ বৈশম্পাযননা হাযখি — যযাতিনা অসুম হাযরবদা পূরুনা মপাগী মফমদা চিংনবা লৈতনা খুদক্তা খুমখি — পাবুং মহারাজ! ইপানা তাকপিবা য়াথংদো ইকোক থোংনা য়াজগনি ঙাকচগনি ॥ ৩১ ॥ মহারাজ! পাবুংগী পাপকা জরাগা অনি অদো লৌজরগে অদুগা ঐগী তনৌ তনৌরিবা

জরয়াহং প্রতিচ্ছন্নো বয়োরূপধরস্তব। যৌবনং ভবতে দত্ত্বা চরিষ্যামি যথাত্থ মাম্ ।।৩৩।।

যযাতিরুবাচ।

পূরো! প্রীতোঽস্মি তে বৎস! প্রীতশ্চেদং দদামি তে। সর্ব্বকামসমৃদ্ধা তে প্রজা রাজ্যে ভবিষ্যতি ।।৩৪।।

বৈশম্পায়ন উবাচ।

এবমুক্ত্বা যযাতিস্তু স্মৃত্বা কাব্যং মহাতপাঃ। সংক্রাময়ামাস জরাং তদা পূরৌ মহাত্মনি ।।৩৫।।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

সম্ভবে যযাতে দ্বিসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ ।।০।। *

—(০)—

---

হকচাং, যৌবন অমদি শক্তি অসে লৌবিদুনা থুনা সংসাবগী ছুংগ্ঙাইবা মখল মখল ফংবিয় ।। ৩২ ।। ঐনা ঐগী যৌবন অসি বৎথোবচবগা মহারাজগী চহি মতাং অমদি হনুবগী শবযম অদু লৌবগা তাবপিবা মতুংইন্না চৎচগে ।। ৩৩ ।। যযাতিনা হায়খি —ইবুংঙো পূরু! ইপা পেল্লে, অদুনা য়াম্না নুংঙাযবে বর পীগে তাও— নংগী রাজ্যদা প্রজাপুম্নমক নিংথিবা শাসনগী মখাদা লৈদুনা মানা মানা নিংবা পুম্নমক থুংদুনা হিরম পুম্নমক্তা চাউখৎপা য়ংসনু ।। ৩৪ ।। বৈশম্পায়ননা হায়খি — যযাতিনা মতৌ অসুম্না মচাদা বরদান তৌবগা শুক্রাচার্য্যগী মূর্তিবু ধ্যান তোবগা পূরুচেল চাউরবা পূরুগী মশাদা মশামক্কী জরা অদো হকচাং কায়াৎশিন্দুনা শন্দোকহনখি ।। ৩৫ ।।

মতাং অসিদা শ্রীমহাভাবততা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা

আদিপর্ব্বদা সম্ভবতা যযাতিগী মতাংদা হুম্ফু্তবানিথোই শুবা অধ্যায় লোইবে ।। ০ ।।

——:*:——

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব—সম্ভবে পূর্ব্বযাযাতসমাপ্তির্নাম

(হুম্ফুতরাহুমদোই শুবা অধ্যায়)

——০*০——

বৈশম্পায়ন উবাচ।

পৌরবেণাথ বয়সা যযাতির্নহুষাত্মজঃ। প্রীতিযুক্তো নৃপশ্রেষ্ঠশ্চচার বিষয়ান্ প্রিয়ান্ ।।১।।

---

বৈশম্পায়ননা হায়খিঃ— অদুগী মতুংদা নিংথৌ নহুষকী মচা যযাতিনা পূরুগী মথোক কারকপা চহি মতাং ফংদুনা মথৱাই নুংঙাইনা অপাম্বা বিষয় ভোগ পুমনমক তৌখি।। মহারাজ! মনিংমগা

যথাকামং যথোৎসাহং যথাকালং যথাসুখম্। ধর্ম্মাবিরুদ্ধং রাজেন্দ্র! যথা ভবতি সোহন্বভূৎ ॥২॥
দেবানতর্পয়দ্ যজ্ঞৈঃ শ্রাদ্ধৈস্তদ্বৎ পিতৃনপি। দীনাননুগ্রহৈরিষ্টৈঃ কামৈশ্চ দ্বিজসত্তমান্ ॥৩॥
অতিথীনন্নপানৈশ্চ বিশশ্চ পরিপালনৈঃ। আনৃশংস্যেন শূদ্রাংশ্চ দস্যূন্ সন্নিগ্রহেণ চ ॥৪॥
ধর্ম্মেণ চ প্রজাঃ সর্বা যথাবদনুরঞ্জয়ন্। যযাতিঃ পালয়ামাস সাক্ষাদিন্দ্র ইবাপরঃ ॥৫॥
স রাজা সিংহবিক্রান্তো যুবা বিষয়গোচরঃ। অবিরোধেন ধর্ম্মস্য চচার সুখমুত্তমম্ ॥৬॥
স সম্প্রাপ্য শুভান্ কামাংস্তৃপ্তঃ খিন্নশ্চ পার্থিবঃ। কালং বর্ষসহস্রান্তং সস্মার মনুজাধিপঃ ॥৭॥
পরিসংখ্যায় কালজ্ঞঃ কলাঃ কাষ্ঠাশ্চ বীর্য্যবান্। যৌবনং প্রাপ্য রাজর্ষিঃ সহস্রপরিবৎসরান্ ॥৮॥
বিশ্বাচ্যা সহিতো রেমে ব্যভ্রাজন্নন্দনে বনে। অলকায়াং স কালস্তু মেরুশৃঙ্গে তথোত্তরে ॥৯॥

---

তম্না যাম্না হৈনিংনা মতম চানা ধর্ম্ম কায়দনা অপাম্বা বিষয় সম্ভোগ পুন্নমক্কী মুংঙাইবা ফংহুনা মতমকুইনা যযাতিনা পানখি ॥ ২ ॥ যজ্ঞ তৌদুনা. দেবতা অমদি পিতৃলোক শিংগী শ্রাদ্ধ তর্পন্নচিংবা তৌদুনা লাইববা চুপবা খিবিকপু মুংশিবিদুনা, মানা মানা পাম্বা পীবিদুনা অমদি ব্রাহ্মণ পুন্নমক্কা দান তৌদুনা মতম মতমগী মতুংইন্না যেরুবাশিংগা লান তৌহুনা ক্ষত্রিয়শিংবু পেনহলদুনা পানখি ॥ ৩ ॥ যযাতিনা অচাঅথক মখলনা অতিথিশিংবু, নিয়ম নাইনা, বৈশ্যশিং যোক থাক্নুনা শূদ্রশিংবুনা মুংশিবা থৌজালগী মিৎযেংনা যেংবিদুনা, হুবান চিনথিবা পুন্নমকপু মতিক চাবা চাবা দণ্ডপীদুনা অমদি ধর্ম্ম কায়দবা লমচৎ ব্যবহারনা প্রজা মাপুম খুদিংবু মুংশিহন্দুনা অনিশুবা ইন্দ্রগী মতৌগুম মর্ত্তালোকতা পানখি ॥ ৪ — ৫ ॥ নোংশাগী মতৌগুম মতিক মথৌনা লৈরবা মথোক কারবা যযাতি নিংথৌনা ধর্ম্মগী অকাযবা ওইদবা ভোগ তৌবা যাবা পোৎ শক পুমনমকপু ফংহুনা অতোপ্পা মীচম অমনা যংবদা ভমদ্রবা মুংঙাইবা খিবিকপু ফংদুনা পানবা হৌখি ॥ ৬ ॥ যযাতি নিংথৌনা সুখ সম্ভোগ পুমনমক ফংদুনা বৈভব চাউনা পান্দুনা মীওইনা পোকপগী অপেনবা ফংথিদি হাযববু মচা পূকনা অহল ওইহুনা লৈবহ্ন উবদা হেক হেক মুংঙাইখিদে। অসুম হাযনা চহি লিশিং অমা অদুদি যৌনবা ঙাইখি ॥৭॥

কাল গননা হৈরবা যযাতিনা চহি লিশিং অমা ফাউবগী যৌবন ফংদুনা মহাক্কী অরোইবা মতম ফাউবগী কদাই ফাওবা ব্রাৎলিবগে হাযবদু যেংখি; * মতুংদা স্বর্গগী জগোই শাবী বেশ্যা বিশ্বাচীগা লোইননা নন্দন কাননদা, অলকা নগবীদা, চৈত্ররথগী লৈকোন্দা অমদি উত্তবমেরুগী

---

* যযাতি হায়বা নিথৌ অসি রাথলতনা ইহোং হোত্রনা কালবু গণনা তৌবা'ঙম্বা জ্যোতিষ হৈরবা রাজর্ষি অমনি। কাষ্ঠা কুন্থ্রানা শাবা মতমবু কলা কৌই, মিকুপ্ তরানিপান্না শাবা মতমবু কাষ্ঠা অমা কৌই। মতৌ অসুম্না কলা কয়ানা নোংমগী কাল অমা ওই, নোংমা অসিগুম্বা কয়ানা চয়াল, পক্ষ, থা, চহি, যুগ, কল্প অসিনচিংবা মথং মথং শাথি, যযাতিনা মহাক্কী লিশিং অমা অদুগী মতুংদা মিকুপ অমা ফাওবা হোহন্দে হায়বগী অর্থতনি। অসুম হায়বি—"অষ্টাদশনিবাস্তু কাষ্ঠাত্রিংশৎতু তাঃকলাঃ"। হায়বদি নোংমগী মনুংদা পিকপা য়াবা মথৈ পিকথনা পারবদা মিকুপ অমা ফাওবা অনুপল-বিপল অসুম্ হায়না। অমুক পিকথনা থাইথখি। অনু-পল হুম্ফুনা বিপল, বিপল হুম্ফুনা পল হায়বদি মিকুপ্ অমা, মিকুপ্ তরানিপালনা কাষ্ঠা অমা, কাষ্ঠা কুন্থ্রানা কলা অমা কাষ্ঠা অনিনা দণ্ড অমা দণ্ড হুম্ফুনা অহিং মুংথিল নোংমা ফাগৎলক্নুনা জীব পানবা পুন্নমক্কী পুক্নিবু লেপনখিবনি।

যদা স পশ্যতে কালং ধর্ম্মাত্মা তং মহীপতিঃ। পূর্ণং মত্বা ততঃ কালং পূরুং পুত্রমুবাচ হ ॥১০॥
যথাকামং যথোৎসাহং যথাকালমরিন্দম॥ সেবিতা বিষয়াঃ পুত্র! যৌবনেন ময়া তব॥১১॥
ন জাতু কামঃ কামানামুপভোগেন শাম্যতি। হবিষা কৃষ্ণবর্ত্মেব ভূয় এবাভিবর্দ্ধতে॥১২॥
যৎ পৃথিব্যাং ব্রীহিযবং হিরণ্যং পশবঃ স্ত্রিয়ঃ। একস্যাপি ন পর্য্যাপ্তং তস্মাত্তৃষ্ণাং পরিত্যজেৎ॥১৩॥
বিশ্বাচ্যা সহিতো রেমে বৈভ্রাজস্যন্দনে বনে। অলকায়াং স কালন্তু মেরুশৃঙ্গে তথোত্তরে॥৯॥
যা দুস্ত্যজা দুর্ম্মতিভির্যা ন জীর্য্যতি জীর্য্যতঃ। যোঽসৌ প্রাণান্তিকো রোগস্তাং তৃষ্ণাং ত্যজতঃ সুখম্॥ ১৪॥
পূর্ণং বর্ষসহস্রং মে বিষয়াসক্তচেতসঃ। তথাপ্যনুদিনং তৃষ্ণা মমৈতেষভিজায়তে॥১৫॥
তস্মাদেনামহং ত্যক্ত্বা ব্রহ্মণ্যাধায় মানসম্। নির্দ্বন্দ্বো নির্ম্মমো ভূত্বা চরিষ্যামি মৃগৈঃ সহ॥১৬॥
পূরো! প্রীতোঽস্মি ভদ্রং তে গৃহাণেদং স্বযৌবনম্। রাজ্যঞ্চেদং গৃহাণ ত্বং ত্বং হি মে প্রিয়কৃৎ সুতঃ॥১৭॥

---

চীংদোন্দা মতম কুইনা শান্নমিন্নতুনা নুংঙাইবা অমদি নিংথিজবা মওং মতৌ পুম্নমক ফংখি ॥ ৮-৯॥ অদুগী মতুংদা মানা অসুম গণনা তৌহনা মুন্না যেংলবপদা চহি লিশিং অমা পুরা ফাবে হায়বসি উবে, মতম অদুদা মচা পূরুদা হায়খি — পূরু! ঐনা নংগী যৌবন ফংদুনা ঈনিং ইখা তন্না নুং-ঙাইনা সংসারগী বিষযা পুমনমক ফংলুবে ॥ ১০—১১॥

অদুবু অপাম্বা পোৎশক অম্ব ফংলগা চাবগা অপাম্বা হাযবা অম্বমদি খক কোকপা নত্তে; মৈ মুৎনবা ঘী হৈথরগা মুৎপগী মহুত্তা চাকপদুম হেঙ্গৎলকই, অম্বগুমদুনা অপাম্বা পোৎশক অদুক্কী মতিক ফংলগা অপাম্বা হাযবা অদুসু অম্বক্কী মতিক হেঙ্গৎলকই॥ ১২॥ পৃথিবী হেক লৈরিবা ফৌ চেং, ষল, ইবোই, লল থুম, নুপী অঙাং পুমনমক অসিনা পুলপ হৌহনা মী অমতগী পেনদববু কোকহনবা ঙমদে, মবম অদুনা তৃষ্ণা কৌবী পেন্দবী অম্বগা খক সঙ্গ তৌরোইদবনি ॥ ১৩॥বুদ্ধি লৈতবা মীনা তৃষ্ণা হাযবা আসবু পাক থাদোকপা ঙমদে, হকচাংনা কংলবসু তৃষ্ণা হায়বি অম্বদি কংশিন্দে অহলওইদে; থব্বাই মাংনবগী মশকওইবা হকচাংদা পাল্লকলিবা আধি ব্যাধি রোগ্ন পুমনমক তৃষ্ণা হায়বী অদুগী শক্লোল মক্তনি, অসিগুম্বী তৃষ্ণাকৌবী পেন্দবী হায়বা অসিবু থাদোকপা ভম্বা মীতনা ত্যাগী ওইহনা সংসাবদা নুংঙাইবা ফংঙি ॥ ১৪॥

ঐগী পূরুকিং অসিনা বিষয়াশিং অসিগী ভোগ তৌবদতা চংঙম্মি অমদি নুংঙাইবোই খল্লম্মি, অসুম তৌন তৌনা চহি লিশিং অমা হৌখ্রে; অসুক কুইনা উপভোগ তৌরবা ফাউবদা পেনবা কৌবা নাইদে, বিষয়শিং অসি ভোগ তৌবগী অপাম্বা অসি অদুম্মরৈরি॥ ১৫॥ মরম অদুনা লালসা হায়না কৌবা অপাম্বা হায়বা অসিবু থাদোক্লগা মাৰু ফংলবা মতুংদা অপাম্বা অমা অমুক লাক্ল-রোইদবা পরমাত্মা মাগী মফমদা থমোই পুক্লিংবু চংশিলহল্লগা অচিক্--অশা, অৱা--নুংঙাই পুম্বাগী খেন্নবা ভাবপু খাংদ্রনা হায়বদি য়াওদনা ঐগী--মাগী ৱাথল থাদোক্তুনা তপোবনদা চৎখ্রগা মনিং মখা তন্নবা শক্তি--শঙাই মরক্তা পূন্সি অসি লেনখ্রগে ॥ ১৬॥ পূরু! নংগী নপাদা চৎকদৌবা লমচৎ অসি উবদা ইপা পেল্লে; মঙ্গল ওইয়ু; নংগী যৌবন অদো অমুক লৌজরো, লৈবাক অসিসু লৌজহৌরো, নংত্তনি ইপাবু হুংশিবা ॥ ১৭॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

প্রতিপেদে জরাং রাজা যযাতির্নাহুষস্তদা। যৌবনং প্রতিপেদে চ পুনঃ স্বং পুরুরাত্মবান্ ॥১৮॥
অভিষেক্তুকামং নৃপতিং পুরুং পুত্রং কনীয়সম্। ব্রাহ্মণপ্রমুখা বর্ণা ইদং বচনমব্রুবন্ ॥১৯॥
কথং শুক্রস্য নপ্তারং দেবযান্যাঃ সুতং প্রভো!। জ্যেষ্ঠং যদুমতিক্রম্য রাজ্যং পুরোঃ প্রযচ্ছসি ॥২০॥
যদুর্জ্যেষ্ঠস্তব সুতো জাতস্তমনু তুর্বসুঃ। শর্ম্মিষ্ঠায়াঃ সুতো দ্রুহ্যুস্ততোঽনুঃ পুরুরেব চ ॥২১॥
কথং জ্যেষ্ঠানতিক্রম্য কনীয়ান্ রাজ্যমর্হতি। এতৎ সংবোধয়ামস্ত্বাং ধর্ম্মং ত্বং প্রতিপালয় ॥২২॥

যযাতিরুবাচ।

ব্রাহ্মণপ্রমুখা বর্ণাঃ সর্ব্বে শৃণ্বন্তু মে বচঃ। জ্যেষ্ঠং প্রতি যথা রাজ্যং ন দেয়ং মে কথঞ্চন ॥২৩॥
মম জ্যেষ্ঠেন যদুনা নিয়োগো নানুপালিতঃ। প্রতিকূলঃ পিতুর্যশ্চ ন স পুত্রঃ সতাং মতঃ ॥২৪॥
মাতাপিত্রোর্বচনকৃদ্ধিতঃ পথ্যশ্চ যঃ সুতঃ। স পুত্রঃ পুত্রবদ্যশ্চ বর্ত্ততে পিতৃমাতৃষু ॥২৫॥
যদুনাঽহমবজ্ঞাতস্তথা তুর্বসুনাপি চ। দ্রুহ্যুণা চানুনা চৈব ময্যবজ্ঞা কৃতা ভৃশম্ ॥২৬॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়খি—নহুষগী মচানিপা যযাতিনা হান্নগী মাগী জরা অবস্থা অদু মচাদগী লৌশিল্লে; মপানিংবা, খাংবা কল্লবা পূরুনা মাগী হান্নগী নহা পাখং ওইবা চহি মতাং অদু মপাদগী অমুক ফংজরে ॥১৮॥ অদুগী মতুংদা যযাতিনা খ্বাইদগী অতোনবা মচা পূরুদা অভিষেক তৌহনা সিংহাসন শিন্নরমগে হায়না খল্লকপা মতাং অসিদা ব্রাহ্মণ পুম্নমক্না লাক্তুনা যযাতি নিংথৌদা হায়খি ॥১৯॥ মহারাজ! খ্বাইগী অহল ওইবা শুক্রাচার্য্যগী মচা মুপীনস্থ পোকপা দেবযানীমক্কী মচা যদুবু কাল্লগা খ্বাইগী অতোনবা পূরুবু নিংথৌ ওইহনগে শনবিবিবা করিগীনো? ॥২০॥ যদু হায়বসি মহারাজগী মচা ইবুংঙো অহন্নি, অদুগী মথংদা তুর্ব্বসু, অদুগী মথংদা শর্ম্মিষ্ঠাগী মচা দ্রুহ্যু, অদুগী মথংদা অনু অদুগা ইকোন কোনবদা পূরু অসি পোকলিবনি ॥২১॥ মহারাজ! মযাম্বুংশিং অসিবু কাল্লগা খ্বাইদগী অতোনবা অসিনা করম হায়না লৈবাক ফংযম থোকপগে; অসিগীদমক্তা ঐখোয় পুম্নমক মহারাজগী নাক্তা হঙ্গৎকে লাকচরিবনি, ধর্ম্ম ঙাকপিয়ু মহারাজ। ॥২২॥

যযাতিনা হায়খি— ব্রাহ্মণনচিংবা লাকপিবিবা প্রজা পুম্নমক তাবিয়ু; করি মরমদগী ঐনা খ্বাইগী অহল ওইবা ইচাদা লৈবাক পীরোইদোবিবনো হায়বদগী মরম হায়জগে ।২৩॥ ইচা অহল যদু অসি মপা ঐগী য়াথং ইন্দে, মপানা হায়বা ইন্দবা, মপানা হায়বগী ওয়া-তৈননা চৎপা মহাক অদুদি থাজৈশেংবা মচা নত্তে হায়না সাধু মহাত্মাশিংনা হায়নৈ ।২৪॥ অদুগুম্বা মচা অহনা মমা মপাগী য়াথং ঙাকলিবা, মখোয়গী কাম্নবতা থল্লিবা অদুগা মখোয়না তৌ হায়বতা তৌরিবা মমা মপাগী মফমদা মচা ওইবগী হৌনবী লমচৎ চৎলিবা অদুতনা মচা অশেংবনি ।২৫॥ যদু হায়বা অসি মপা ঐবু উশিন্তে, থৌওইদে। অদুগা তুর্ব্বসু, দ্রুহ্যু, অদুগা অনু হায়রিবা অহুম অসিনা হেন্না অমুক উশিন্তে ॥২৬॥ পূরুনা ঐগী য়াথং মকোক থোংনা য়াখি, মপা ঐগী য়াথংবু তরাম তরামনা, লুনা-কিনা ঙাকখি, ঐগী হন্নুবা অবস্থাবু হরাও হরাওনা লৌ হায়বা য়াখি; মরম অদুনা খ্বাইগী অতোনবা ওইরবসু ঐগী লল-থুম রাজ্য সম্পত্তি পুম্নমক অসিগী মতিকচাবা উত্তরাধিকারীদি মহাক্তনা ওইগদবনি ॥২৭॥ খ্বাইদগী, চান্নবা মরূপ

পুরুণা তু কৃতং বাক্যং মানিতশ্চ বিশেষতঃ। কনীয়ান্ মম দায়াদো ধৃতা যেন জরা মম ॥২৭॥
মম কামঃ স চ কৃতঃ পুরুণা মিত্ররূপিণা। শুক্রেণ চ বরো দত্তঃ কাব্যেনোশনসা স্বয়ম্ ॥২৮॥
পুত্রো যস্ত্বানুবর্ত্তেত স রাজা পৃথিবীপতিঃ। ভবতোঽনুনয়াম্যেবং পুরু রাজ্যেঽভিষিচ্যতাম্ ॥২৯॥
প্রকৃতয় ঊচুঃ।
যঃ পুত্রো গুণসম্পন্নো মাতাপিত্রোর্হিতঃ সদা। সর্বমর্হতি কল্যাণং কনীয়ানপি সত্তমঃ॥৩০॥
অর্হঃ পুরুরিদং রাজ্যং যঃ সুতঃ প্রিয়কৃত্তব। বরদানেন শুক্রস্য ন শক্যং বক্তুমুত্তরম্ ॥৩১॥
বৈশম্পায়ন উবাচ।
পৌরজানপদৈস্তুষ্টৈরিত্যুক্তো নাহুষস্তদা। অভ্যষিঞ্চত্ততঃ পুরুং রাজ্যে স্বে সুতমাত্মনঃ ॥৩২॥
দত্ত্বা চ পুরবে রাজ্যং বনবাসায় দীক্ষিতঃ। পুরাৎ স নির্যযৌ রাজা ব্রাহ্মণৈস্তাপসৈঃ সহ ॥৩৩॥
যদোস্তু যাদবা জাতাস্তুর্বসোর্যবনাঃ স্মৃতাঃ। দ্রুহ্যোঃ সুতাস্তু বৈ ভোজা অনোস্তু ম্লেচ্ছজাতয়ঃ ॥৩৪॥
পূরোস্তু পৌরবো বংশো যত্র জাতোঽসি পার্থিব। ইদং বর্ষসহস্রাণি রাজ্যং কারয়িতুং বশী ॥৩৫॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
সম্ভবে পূর্ব্বযযাতসমাপ্তির্নাম ত্রিসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

অমশুমনা মশাগী ওইজবা থাদোকতুনা পূরুনা ঐগী নিংবা থুংহনখি, অদুগা অমুকসু শুক্রাচার্য্যমক্না ঐভোন্দা বর পীবিখ্রবনি ॥২৮॥ "অদুগুম্বা নচানা, নংনা হাযবা ইনবা মহাক অহৃতনা নিংথৌ ওইসনু" হায়বসি শুক্রাচার্য্যনা ঐভোন্দা পীরম্বা বরনি। অসি পুমনমক্কী মথক্তা ঐনসু ব্রাহ্মণ খিবিক্কী মফমদা হঙ্গৎচরি, ময়ামনা পূরুবু অভিষেক্ তৌবিনবা থবক পাযখৎপিরো ॥২৯॥

প্রজাশিংনা হাযরকই — অদুগুম্বা মচা অহনা গুণ যাম্না চেনবা অমদি মপা মমাগী অফবা ব্রাথন্দ থন্দুনা লৈবা মীশক অমা ওইরর্বদি খ্রাইদগী অতোনবা ওইরবসু অহন্নি হাযনা লৌবা য়াই, মরম অদুনা মহাক অহৃতনা মপাগী সমপত্তি পুমনমক ফংবদা মতিকচাই ॥ ৩০ ॥ মরম অদুনা মহারাজ! মহারাজনা হাযবদা ইনবা সুংশিরবা নচাইবুংভো পূরুতনা নিংথৌ খুবম ফংবদা মতিকচারে। অসিগী মথক্তুশ্ব শুক্রাচার্য্যনা বর পীরম্মি হাররবসিদা ঐখোযনা অমুক মখা তাবসু ঙমদে ॥ ৩১ ॥ বৈশম্পাযননা হাযখি — কোমুংদা লৈবা, নগরদা লৈবা, অমদি লৈবাক্কী প্রজাপুমনমক্না অম্নুম হাযনা য়ানররুবদা যযাতিনা মচা নিপা পূরুদা অভিষেক তৌহনা নিংথৌ হাপ্পিখরে ॥ ৩২ ॥ নিংথৌ যযাতিনা পূরুদা লৈবাক শিন্নবয়গা বনদা চৎখ্রগে থল্লরুদুনা তপস্বী ব্রাহ্মণ শিংগা লোযননা কোমুং থাদোক্তুনা বনদা চৎখ্রে ॥ ৩৩ ॥ যদুদগী যাদবশিং, তূর্ব্বসুদগী যবনশিং, দ্রুহ্যুদগী ভোজশিং অদুগা অনুদগী ম্লেচ্ছ ময়াম মথং মথং পোকখি মহারাজ! হে জনমেজয়! মহারাজনা ইন্দ্রিয় খুহম চন্দুনা চহি লিশিং অমা চুপ্পা লৈবাক অসি শাসন তৌগে হায়দুনা পোক্লরিবা বংশ অসি পৌরব হায়বা বংশ অদুনি, হায়খি, নবুথৌ পূরুদগী ওইরকপনে ॥ ৩৫ ॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারতা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা
আদিপর্ব্বদা সম্ভবতা যযাতিগী মতাং লোইবা হুম্ফুতরাহুমদোই শুবা অধ্যায় লোইরে ॥ ০ ॥

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব—সম্ভবে উত্তরযাযাতে

### ( হুম্ফুতরামরি শুবা অধ্যায় )

——:(::॰:।):——

বৈশম্পায়ন উবাচ ।

এবং স নাহুষো রাজা যযাতিঃ পুত্রমীপ্সিতম্ । রাজ্যেঽভিষিচ্য মুদিতো বানপ্রস্থোঽভবন্মুনিঃ ॥১॥
উষিত্বা চ বনে বাসং ব্রাহ্মণৈঃ সংশিতব্রতঃ । ফলমূলাশনো দান্তস্ততঃ স্বর্গমিতো গতঃ ॥২॥
স গতঃ স্বর্নিবাসং তং নিবসন্ মুদিতঃ সুখী । কালেন নাতিমহতা পুনঃ শক্রেণ পাতিতঃ ॥৩॥
নিপতন্ প্রচ্যুতঃ স্বর্গাদপ্রাপ্তো মেদিনীতলম্ । স্থিত আসীদন্তরিক্ষে স তদেতি শ্রুতং ময়া ॥৪॥
তত এব পুনশ্চাপি গতঃ স্বর্গমিতি শ্রুতম্ । রাজ্ঞা বসুমতা সার্দ্ধমষ্টকেন চ বীর্য্যবান্ ॥৫॥

জনমেজয় উবাচ ।

প্রতর্দ্দনেন শিবিনা সমেত্য কিল সংসদি ।
কর্ম্মণা কেন স দিবং পুনঃ প্রাপ্তো মহীপতিঃ ॥৬॥
সর্ব্বমেতদশেষেণ শ্রোতুমিচ্ছামি তত্ত্বতঃ । কথ্যমানং ত্বয়া বিপ্র ! বিপ্রর্ষিগণসন্নিধৌ ॥৭॥
দেবরাজসমো হ্যাসীদ্ যযাতিঃ পৃথিবীপতিঃ । বর্দ্ধনঃ কুরুবংশস্য বিভাবসুসমদ্যুতিঃ ॥৮॥
তস্য বিস্তীর্ণযশসঃ সত্যকীর্ত্তের্মহাত্মনঃ । চরিতং শ্রোতুমিচ্ছামি দিবি চেহ চ সর্ব্বশঃ ॥৯॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়খি— নহুষগী মচা যযাতি নিংথৌনা সুংশিজরবা মচা পূরুদা লৈবাক পীরম্লগা মথরাই হুংঙাইনা বনবাসী ওইবা অচৌবা মুনি অমা ওইখি ॥১॥ যযাতি নিংথৌনা নিয়ম কায়দনা ব্রত তৌদুনা উহৈ-রাহৈদা চাদুনা, ইন্দ্রিয় পুম্নমক খুদুম চন্দুনা, ব্রাহ্মণশিংগা লোয়ননা মতম কুইনা বনদা লৈরম্লগা মর্ত্ত্যলোক থাদোক্তুনা নোংগাখি ॥ ২ ॥ মহাক্না স্বর্গদা চৎখিদুনা হুংঙাইনা মতম খবদং লৈরবা তুংদা মাগী পুণ্য কর্ম্মগী মহৈ লোয়রবা তুংদা দেবরাজ ইন্দ্রনা মহাকপু অমুক ইন্থরকলে ॥ ৩ ॥ মহাক্না স্বর্গদগী নান্থরক্তুনা লৈমায়থক্তি যৌদনা অতিয়াদা অমদি মরক্তা অদুম লৈখি হায়না ঐখোয়না তাই ॥৪॥ বসুমান, অষ্টক প্রতর্দ্দন, অদুগা শিবি অসিনাচিংবা নিংথৌশিংগা লোয়ননা আকাশদগী অমুক স্বর্গদা চৎখিদুনা দেবসভাদা চংখি অদুম হায়না ঐখোয়না তাই । জনমেজয়না হায়খি—যযাতি-না করম্বা কর্ম্ম তৌদুনা অমুক হন্না স্বর্গ কাখ্রিবনো ? ॥ ৫—৬ ॥ হে পুকচেল চাউরবা ! পুম্নমক অসি ব্রহ্মর্ষিশিং অসিগী মমাংদা লৈবিয়ু, ঐসু থোদোক পুম্নমক অসি মথংশিংনা তাজনিংঙি ॥ ৭ ॥ যযাতি হায়বসি ইন্দ্রগুম্না চাউরবা নিংথৌ অমা ওইরম্মি, কুরুগী বংশদগী চাওখৎনরকফম ওইবা মুমিৎকী মতৌগুম্না তেজ লৈবা নিংথৌ অমনি ॥ ৮ ॥ মহাককী থমোইদি য়াম্না রাংই, মহাককী মিংচৎনা মাইকৈ মরিদা শিন্থ্রংখি, অমদি তাল্লিবা মিংচৎ পুম্বা অশেংবা হায়রবদি অদুম্বা কর্ম্মতনা পোক খিবা মিংচৎমক্তনি, মরম অদুনা অদুগুমবা নিংথৌ অদুগী স্বর্গ অমদি মর্ত্ত্যদা তৌরমবা পুম্নমক তাজনিংঙি ॥ ৯ ॥

বৈশম্পায়ন উবাচ ।

হন্ত তে কথয়িষ্যামি যযাতেরুত্তরাং কথাম্। দিবি চেহ চ পুণ্যার্থাং সর্ব্বপাপপ্রণাশিনীম্ ॥১০॥
যযাতির্নাহুষো রাজা পূরুং পুত্রং কনীয়সম্। রাজ্যেঽভিষিচ্য মুদিতঃ প্রবব্রাজ বনং তদা ॥১১॥
অন্ত্যেষু স বিনিক্ষিপ্য পুত্রান্ যদুপুরোগমান্। ফলমূলাশনো রাজা বনে সংন্যবসচ্চিরম্ ॥১২॥
শংসিতাত্মা জিতক্রোধস্তর্পয়ন্ পিতৃদেবতাঃ। অগ্নীংশ্চ বিধিবজ্জুহ্বন্ বানপ্রস্থবিধানতঃ ॥১৩॥
অতিথীন্ পূজয়ামাস বন্যেন হবিষা বিভুঃ। শিলোঞ্ছবৃত্তিমাস্থায় শেষান্নকৃতভোজনঃ ॥১৪॥
পূর্ণং বর্ষসহস্রং স এবংবৃত্তিরভূন্নৃপঃ। অব্ভক্ষঃ শরদস্ত্রিংশদাসীন্নিয়তবাঙ্মনাঃ ॥১৫॥
ততশ্চ বায়ুভক্ষোঽভূৎ সংবৎসরমতন্দ্রিতঃ। তথা পঞ্চাগ্নিমধ্যে চ তপস্তেপে স বৎসরম্ ॥১৬॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়খি—মহারাজ। যযাতিনা বিষয় সম্ভোগ মতম কুইনা তৌরবা মতুংদা মর্ত্ত্যলোক্তা লৈবমগা স্বর্গদা চৎখিবা অমদি মহাক্না তৌবম তৌবম্বা থবক পুম্নমক 'ঐ মহারাজগী মফমদা লীজগে, করিনা হায়ববু ব্রাতৈশিং অসি তাবদা পুণ্য চন্নবা অমদি পাপ কোক্লবগী মশক্তি। ।১০॥ যযাতি নিংথৌনা মচা অতোনবা পুরুদা নিংগৌ খুবম শিন্নরম্নগা বনদা চৎখি॥১১॥ যযাতিনা তুর্বসুনচিংবা মচা অহুমদা শাপ তৌবম্নগা যবন ম্লেচ্ছনচিংবা অতোনবা জাতিগী মনক্তা ভোগ তৌহল্লগা উইহৈ-ব্রাহৈ চাড়না বনদা মতম কুইনা লেনখি॥১২॥ বনদা লৈবা মতমদা অশাওববু জয় তৌড়না দেবলোক পিতৃলোক পুম্নমকপু যজ্ঞ হোমনচিংবা বিধি কায়দনা তেঁড়ুনা অগ্নি দেবতাযু থোইনা পেলহল্লম্মী॥ ১৩॥ ইন্দ্রিয় জয় তৌববা যযাতিনা শিলোঞ্ছবৃত্তি * লৌড়ুনা মাড়ুনা পোং থাকপা বনবাসী অমগা চাগদৌবা ওইবা চিঞ্চাক্না অহানবদা অতিথি সেবা তৌবগা অতিথিনা চাখিবগী লেমহৌবা শরুক অহু হেক হেক চায়॥১৪॥ যযাতিনা চহি লিশিং অমা চুপনা অসিগুম্বা মওংদা মতম লেনখি, অদুগী মতুংদা ঈশিংদা থক্কুনা চহি কুন্থ্রা চুপনা ব্রা ডাংদনা মৌনী ওইহনা অমুক লেনখি॥ ১৫॥

অদুগী মতুংদা যযাতিনা পরমাত্মাগী ধ্যানদা লুপ্তুনা চহি অমা চুপনা মুংশিত্ত চাড়না লেনখি; অদুগী মতুংদা চহি অমা চুপনা পঞ্চাগ্নিগী মরক্তা তপস্যা তৌড়ুনা লেনখি॥১৬॥ *

---

* টীকা — শিলোঞ্ছবৃত্তি হায়বদি বনবাসীশিংগী জীবিকাগী মওং অমনি। মনু সংহিতাগী টীকাদা অসুম হায়না ইরি "একৈক ধান্যাদি গুড়কোচ্চয়ন মুঞ্ছঃ মঞ্জর্য্যা খিকা নেকধা নোচ্চয় নংশিলঃ" ফৌমক্ল অমদি হৱাই মক্ল অমমমদঃ খুন্দুনা চাবা অদুগুম্বা বৃত্তিবু উঞ্ছবৃত্তি কোই, মক্ল অমা অনি য়াওবা মঞ্জরী হায়বদি মতোন অমমম থংপা অদুবু শিল কোই। শিলনা বৃত্তি ওইবা অদুবু শিলবৃত্তি কোই। উঞ্ছবৃত্তি অমদি শিলবৃত্তি অনি অসিনা জীবিকা ওইবা হায়বসি বনবাসী অমগী অয়োবী জীবিকানি। অসি নত্তবা অতৈ অমতা চাবা য়াদে। হায়রিবা পোৎশকশিং অসিনা থোং থাকপা অদুসু অতিথিশিংগী শরুক তমথ্রগা লেমহৌবদু বনবাসী অদুনা চাগদৌবনি। অসিগুম্বা শিলোঞ্ছ বৃত্তিনা বনদা মতম লেনখি॥ ১৪॥

* টীকা — যজ্ঞ মঙাগী (পঞ্চযজ্ঞ) মৈ মঙাবুসু 'পঞ্চাগ্নি' কোই। দেব তর্পণ, পিতৃমাতৃ তর্পণনচিংবা যজ্ঞ মঙাগী অগ্নিবুসু পঞ্চাগ্নি কৌই। বনবাসী তপস্বী অমগী পঞ্চাগ্নিদি ভুমাং অনিদা, মাং অনি তুংদা অনি মৈহৌরগা কোকথক্তা চাক্লবা মুমিৎকী মৈর্শা থাড়ুনা মৈ মঙা অসিগী মরক্তা ভগবানবু পুক্লিং অনি লোদনা ধ্যান তৌবা অসি পঞ্চাগ্নিগী মরক্তা লৈয়না তপস্যাতৌবা কোই অসিগুম্বা বৃত্তি অসি যযাতিনা চৎখি॥ ১৬॥

একপাদঃ স্থিতশ্চাসীৎ যম্মাসাননিলাশনঃ। পুণ্যকীর্ত্তিস্ততঃ স্বর্গং জগামাবৃত্য রোদসী ॥১৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

সম্ভবে উত্তরযাযাতে চতুঃসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ ॥৭৪॥

———:*:———

অদুগী মতুংদা থা তকক চুপ্পা মথোং নামতনা লেপতুনা মুংশিত্তা চাতুনা লেনখি; অতুগী মতুংদা মশা মথন্তুগী হকচাংদগী খোরকপা তেজনা আকাশ অমদি পৃথিবী অনিমক শিন্থ্ংনা কুপলম্নগা পুন্য চেলবা মিংচৎনা মহাক্কী ওইববা যযাতিনা স্বর্গদা কাখি ॥১৭॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারতত' শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদিপর্ব্বদা সম্ভবতা উত্তর যযাতিগী হুন্দ্দ্দতরামরি শুবা অধ্যায় লোইরে ॥৭৪॥

———:( ):———

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব— সম্ভবে উত্তরযাযাতে

(হুন্দ্দ্দতরামঙা শুবা অধ্যায়)

——•)——

বৈশম্পায়ন উবাচ।

স্বর্গতঃ স তু রাজেন্দ্রো নিবসন্ দেবসদ্মনি। পূজিতস্ত্রিদশৈঃ সাধ্যৈর্মরুদ্ভির্বসুভিস্তথা ॥১॥

দেবলোকং ব্রহ্মলোকং সঞ্চরন্ পুণ্যকৃদ্বশী। অবসৎ পৃথিবীপালো দীর্ঘকালমিতি শ্রুতিঃ ॥২॥

স কদাচিন্নৃপশ্রেষ্ঠো যযাতিঃ শক্রমাগমৎ। কথান্তে তত্র শক্রেণ স পৃষ্টঃ পৃথিবীপতিঃ ॥৩॥

শক্র উবাচ।

যদা স পূরুস্তব রূপেণ রাজন্॥ জরাং গৃহীত্বা প্রচচার ভূমৌ।

তদা চ রাজ্যং সম্প্রদায়ৈব তস্মৈ ত্বয়া কিমুক্তঃ কথয়েহ সত্যম্ ॥৪॥

বৈশম্পায়ননা হায়খি —মহারাজ যযাতিনা স্বর্গদা চংখিতনা দেবতাগী য়ুমদা লৈখি, মতম অদুদা দেবতাশিং, সাধ্যগী মপৈ মরুৎশিংগী কাংবু অমদি বসু মযাম্না য়াম্না ইকায় খুম্মনা লুনা তৌই ॥১॥ ধর্ম্ম চেল্লবা যযাতিনা মনিং মথা তম্না অমুক্কা দেবলোক্তা, অমুক্কা ব্রহ্মলোক্তা অম্মনা য়ৌনিং য়ৌনিংব' মফমদা চত্তুনা মতম কুইনা স্বর্গদা মুংঙায়না লৈখি হায়বসি ঐখোয়না তাই ॥২॥ নোংমা নিংথৌ অথোইবা যযাতিনা ইন্দ্রগী মনাক্তা চৎলুই, মখোয় অনি ওহাক নিংথিজবা বিষয়গী মরমদা ৱারি ৱাতায় শামিন্নরগা দেবরাজ ইন্দ্রনা যযাতিদা হংখি ॥৩॥ ইন্দ্রনা হায়খি —মহারাজ! পূরুনা জরাগী অবস্থাদা লৈহনা নংগী নশকমক্ত লৌহনা কোয়চং চত্তুনা লৈরুরবগী ভুংদা মাঙোন্দা অমুক লৈব্রাক পিরুবা মতমদা

যযাতিরুবাচ ।

গঙ্গাযমুনয়োর্মধ্যে কৃৎস্নোঽয়ং বিষয়স্তব । মধ্যে পৃথিব্যাস্ত্বং রাজা ভ্রাতরোঽন্ত্যাধিপাস্তব ॥৫॥

ন চ কুর্য্যান্নরো দৈন্যং শাঠ্যং ক্রোধং তথৈব চ । জৈহ্ম্যঞ্চ মৎসরং বৈরং সর্ব্বত্রেদং ন কারয়েৎ ॥৬॥

মাতরং পিতরং জ্যেষ্ঠং বিদ্বাংসঞ্চ তপোধনম্ । ক্ষমাবন্তঞ্চ রাজেন্দ্র ! নাবমন্যেত বুদ্ধিমান্ ॥৭॥

শক্তস্তু ক্ষমতে নিত্যমশক্তঃ ক্রুধ্যতে নরঃ । দুর্জনঃ সুজনং দ্বেষ্টি দুর্বলো বলবত্তরম্ ॥৮॥

রূপবন্তমরূপী চ ধনবন্তঞ্চ নির্ধনঃ । অকর্ম্মী কর্ম্মিণং দ্বেষ্টি ধার্ম্মিকঞ্চ নধার্ম্মিকঃ ॥৯॥

নির্গুণো গুণবন্তঞ্চ পুত্রৈতৎ কলিলক্ষণম্ । বিপরীতঞ্চ রাজেন্দ্র ! এতত্তু কৃতলক্ষণম্ ॥১০॥

ব্রাহ্মণো বাথ বা রাজা বৈশ্যো বা শূদ্র এব বা । প্রশস্তেষু প্রসক্তাশ্চেৎ প্রশস্তাস্তে যশস্বিনঃ ॥১১॥

তস্মাৎ প্রশস্ত রাজেন্দ্র ! নরঃ সক্তমনা ভবেৎ । অলোকজ্ঞা হ্যপ্রশস্তা ভ্রাতরস্তে হ্যবুদ্ধয়ঃ ॥১২॥

ইন্দ্র উবাচ ।

ত্বং হি ধর্ম্মবিদো রাজন্ ! কথসে ধর্ম্মমুত্তমম্ । কথায়স্ব পুনর্মেঽদ্য লোকবৃত্তান্তমুত্তমম্ ॥১৩॥

যযাতিরুবাচ ।

অক্রোধনঃ ক্রোধনেভ্যো বিশিষ্টস্তথা তিতিক্ষুরতিতিক্ষোর্বিশিষ্টঃ ।
অমানুষেভ্যো মানুষাশ্চ প্রধানা বিদ্বাংস্তথৈবাবিদুষঃ প্রধানঃ ॥১৪॥

---

মাঙোন্দা কবি করি পাউতাক পীখিবগে; মহৌ পুম্নমক চুমনা হায়বিয়ু॥৪॥ যযাতিনা হায়খি— পূরু ! গঙ্গাগা যমুনাগা অনিগী মরক্তা লৈবা লমদো নংগীনি । মরম অদুনা পৃথিবী ময়াই চপ্প চাবা মধ্যদেশ হায়বা অদুগী নিংথৌনি , অদুগা নংগী নচিন ননাওশিংনা প্রান্ত দেশগী হায়বদি অরাপ অরাপ্পা ঙমথৈদা লৈখিবা লৈবাকশিংগী নিংথৌনি ॥৫॥ মী ওইবনা মরম য়াওদনা হ্বাবা, মরৈ-মবা চাওবা, অশাওবা, মপুক্চেল খোযবা, কলক যেংথিবা, অমদি অমগা য়েক্নবা পুম্নমক অসি খক তৌবোইদবনি অদুগা অতোপ্পবুসু তৌহল্লোইদবনি ॥৬॥ হে নিংথৌ অথোইবা পূরু ! অশিংবা মীনা মপা-মমা, চহিদা অহল ওইবা, মহৈ হৈবা, তপস্যা তৌবা, অমদি খাংহৈবা-ঙাকপিহৈবা মীশিংনা খক উশিন্তবা তৌদে ॥৭॥ মপাঙ্গল কনবা মীনা মতম লৈবাখিবিক্ত অতোপ্পগী অরানবা অযাম্ববু ঙাকপি, ঙমদবা অশোনবা মীনা অশাওবা ফোংদোকল্লি ; অদুগা ফত্তবনা অফববু, অশোনবনা অকনববু কল্লক যেংথিগল্লি ॥৮॥ ফজবনা অথীববু, লাইরবনা ইনাক থুনববু, অতনবনা নোম্বা কনববু, ধর্ম্ম লৈতবনা ধর্ম্ম চেনববু কল্লকই য়েংথি ।৯॥ গুণ লৈতবনা গুণ লৈববু যেংথি, যেক্নে । নিংথৌ অগোইবা পূরু ! পুম্নমক অসে কলিগী থুদমমক্তনি । হায়রিবাশিং অসিগী মথক মখা ওন্নবা আচবণ অমদি ব্যবহারনা সত্য যুগকী লক্ষণনি ॥১০॥ ব্রাহ্মণ ওইরবসু, ক্ষত্রিয ওইরবসু, বৈশ্য নত্রগা শূদ্রবু ওইরবসু, মখোযশিং অসিগী মঙ্গংদা অফবগবু সঙ্গ তৌরবদি মিংচৎ ফংঙি অমদি সমাজনা মাবু থাগৎলি ॥১১॥

মরম অদুনা পূরু ! মতম লৈবখিবিক্তা অফবা মীগতা সঙ্গ তৌনবা হোৎনো । নংগী নয়াম্বাশিং অসে লোকতা চৎনরিবা ব্যবহারশিং অসি করিমতা থংদে, মপুকচেল যত্তে, মপুকচেল পীকপ্ট, অদুগা পাংসু পংঙি ॥১২॥ ইন্দ্রনা হায়খি— মহারাজ ! নশাবুদি লোক ব্যবহার থংঙি হায়রনা অমদি অশিংবনি হায়রনা থাগচ্চে ; মরম অদুনা লোকচরিত্র হায়বদি করিনো হায়বিয়ু ॥১৩॥ যযাতিনা হায়খি— দেবরাজ ! শাওগনবা মীদগী শাওবা হৈতবা মীনা, খাংহৈদবা মীদগী খাংহৈবা

আক্রুশ্যমানো নাক্রোশেন্মন্যুরেব তিতিক্ষিতঃ। আক্রোষ্টারং নির্দহতি সুকৃতঞ্চাস্য বিন্দতি ॥১৫॥

নারুন্তুদঃ স্যান্ন নৃশংসবাদী ন হীনতঃ পরমভ্যাদদীত।
যয়াঽস্য বাচা পর উদ্বিজেত ন তাং বদেদুষতীং পাপলোক্যাম্ ॥১৬॥
অরুন্তুদং পরুষং তীক্ষ্ণবাচং বাক্‌কণ্টকৈর্বিতুদন্তং মনুষ্যান।
বিদ্যাদলক্ষ্মীকতমং জনানাং মুখে নিবদ্ধাং নিঋর্তিং বহন্তম্ ॥১৭॥
সদ্ভিঃ পুরস্তাদভিপূজিতঃ স্যাৎ সদ্ভিস্তথা পৃষ্ঠতো রক্ষিতঃ স্যাৎ।
সদা সতামতিবাদাংস্তিতিক্ষেৎ সতাং বৃত্তঞ্চাদদীতার্য্যবৃত্তঃ ॥১৮॥
বাক্‌সায়কা বদনান্নিষ্পতন্তি যৈরাহতঃ শোচতি রাত্র্যহানি।
পরস্য নো মর্ম্মসু সম্পতন্তি তান্ পণ্ডিতো নাবসৃজেৎ পরেষু ॥১৯॥

নহীদৃশং সংবননং ত্রিষু লোকেষু বিদ্যতে। দয়া মৈত্রী চ ভূতেষু দানঞ্চ মধুরা চ বাক্ ॥২০॥

---

মীনা যামনা হেল্লি, মী নত্তবা জীব অতৈ অতৈদগী মীওইবা হাযবা অসিনা যামনা হেল্লি অদুগা মখোয অদুগী মন্নুংদসু অপংবদগী মহৈ হৈবা মীনা যামনা হেন্না লৈবনি ॥১৪॥ মীনা চৈবরসু খক হন্দুনা চৈরোইদবনি, অদুগুম্বা মীতনা মতম অদুগী অশাওবা থিংবা ঙম্মি, মীবু চৈবিবা মী অদুনা মশামথন্তুগী অশাওবনা মশা মথন্তবু চাবথেকহল্লি, মানা তৌরম্বা পুণ্য পুমনমক চৈবা তারিবা অদুনা লৌথোকখি ॥১৫॥ অতোপপগী থমোই শোকনা খক ৱাহল্লোইদবনি, কাহেনবা, তমথিবা ৱাহৈ ঙাংলোইদবনি, লাইববগী মফমদগী শেন্দোই য়ামনা লৌরোইদবনি, মীগী থমোইদা তুংফাওবা কাওরোইদবা ৱা খক ঙাংলোইদবনি, মবমদি অদুগুম্বা ৱা ঙাংবনা ইহলোকতা অমঙ্গল ওই পরলোকতা নরক ওই ॥১৬॥ অতোপপগী থমোই ৱাহনবা, তমথিরবা লমচৎনা মাগী ওইবা, অয়াকপা অকনবা ঙংগনবা অদুগা মহাক্কী তিংথংগী মশক ওইরবা ৱাহৈনা মীগী থমোইদা চৈনা-খোল পীবা, অদুগুম্বা মীগী মচিন্দা মতম লৈবা খিবিক্তা অলক্ষ্মী লৈ। মবম অদুনা অসিগুম্বা মীশিং অসিবু সমাজনা লক্ষ্মী চেন্দবা অমঙ্গলগী মশকনি হাযনা খংনগদৌবনি ॥ ১৭ ॥ লমচৎ ফজরবা মীবু মতমলৈবা খিবিক্তা মাগী অকোযবদা সাধু মহাত্মাশিংতনা ইলৈ লৈরিবনি, মতম লৈবা খিবিক্তা ফত্তবাশিংগী মচিন্দগী থওইবিদনা অদুম তাথোকতুনসু লৈগদৌবনি অদুগা সাধু মহাত্মা-শিংগী লমচৎ লৌশিনগদবনি ॥ ১৮ ॥

অদুগুম্বা ফত্তবগী মচিন্দগী থোবকপা থৌরবা তেনগী মশক ওইরবা ৱাহৈনা থাদুনা মী অমনা অহিং মুথিলদা অৱাবা চৈনাখোল অদু ফংদুনা লৈরিবা, অদুগা গুমদুগুম্বা ফত্তবা মী অদুনা অতোপ্পগী থমোইদা অৱাবা পীগে হায়না হোৎনবিবা অমদি অমগা তিন্নগে হায়দুনা চংশিল্লকইবা মীশক অনি অসিবু অশেংবা মীনা খক তিন্নরোইদবনি ॥১৯॥ জীবগী মফমদা থৌজাল উৎপা, পুমনমক্তা মঙ্গল শান্নবা, মীওন্দা পীথোকপা, অমদি অথুম্বা অথোৎপা ৱাহৈ, মরি অসিগা মান্নবা মী অমবু মখা

তস্মাৎ সান্ত্বং সদা বাচ্যং পরুষং কচিৎ। পূজ্যান্ সম্পূজয়েদ্দস্যান্ন চ যাচেৎ কদাচন ॥২১॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
সম্ভবে উত্তরযাযাতে পঞ্চসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

——'॰)— –

পোলহনবা খুলাইদি মরোন অহুমদা লৈতবনি ॥২০॥ মরম অদুনা মতমলৈবাখিবিক্তা মীনা সুংশিবা তানিংবা ব্বা অদুতা ভাংগদৌবনি, তমথিবা ব্বাগৈ খক হায়রোইদবনি। মগুণ লৈবা পূজা তৌবা য়াবা মীশকপু তরাম তরাম তৌগদৌবনি, মতিক চাবা মীদা দান তৌগদৌবনি, অদুগা যাবিবমখৈ মীভোন্দগী করিগুম্বা অমতা নীবোইদবনি ॥২১॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারততা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহতা অ ্পিববদা সম্ভব কৌবগী মনুংদা উত্তব যযাতিগী হুম্ফুতরামঙা শুবা অধ্যায লোইরে ॥০॥

—:॰:—

# শ্রীমহাভারতম্।

## আদি পর্ব্ব— সম্ভবে উত্তরযাযাতে

### (হুম্ফুতরাতরুক শুবা অধ্যায়ঃ)

— —:(*):——

ইন্দ্র উবাচ।

সর্বাণি কর্ম্মাণি সমাপ্য রাজন্! গৃহং পরিত্যজ্য বনং গতোঽসি।
তত্ত্বাং পৃচ্ছামি নহুষস্য পুত্র! কেনাসি তুল্যস্তপসা যযাতে! ॥১॥

যযাতিরুবাচ।

নাহং দেবমনুষ্যেষু গন্ধার্বেষু মহর্ষিষু। আত্মনস্তপসা তুল্যং কঞ্চিৎ পশ্যামি বাসব! ॥২॥

ইন্দ্র উবাচ।

যদাবমংস্থাঃ সদৃশঃ শ্রেয়সশ্চ অল্পীয়সশ্চাবিদিতপ্রভাবঃ।
তস্মাল্লোকাস্তবন্তবস্তবেমে ক্ষীণে পুণ্যে পতিতাস্যদ্য রাজন্! ॥৩॥

---

ইন্দ্রনা হায়খি— মহারাজ! যযাতি! সংসারগী চৎকদবা অমদি তৌগদবা থবক পুম্বা তৌরগা য়ুম-কৈ থাদোকতুনা বনদা চৎলুরে, তপস্যা তৌকরে। ঐনা হংজরিবদি মহারাজদি তপস্যাদা কনাগা মান্নরবগে, হায়বিয়ু ॥১॥ যযাতিনা হায়খি— দেবরাজ! দেবশিংগী, মী ওইবশিংগী, গন্ধর্ববশিংগী, অমদি মহর্ষিশিংমককী মনুংদসু তপস্যাদা ঐগা মান্নবা অমতা উজখিদ্রি ॥২॥ ইন্দ্রনা হায়খি— মহারাজ! মহারাজদি তপস্বী খরতগী মগুণ ফাওবা খংবিদ্রিনা; মবম অহমক্তুদা মহারাজগা মান্নবা অহুগা মহারাজদগী হেন্না তপস্বী ওইবা কন্নাবু উশিত্রি, থৌওইদ্রি; অহমক্তুনা স্বর্গ অসিদা লৈননবগী পুণ্যদো ভসি লোয়খ্রে, অদুনা ভসিমক মর্ত্ত্যলোকতা অমুক কুমথখিবা তরে ॥৩॥

যযাতিরুবাচ।

সুরর্ষিগন্ধর্ব্বনরাবমানাৎ ক্ষয়ং গতা মে যদি শক্র! লোকাঃ।
ঈর্চ্ছাম্যহং সুরলোকাদ্বিহীনঃ সতাং মধ্যে পতিতুং দেবরাজ! ॥৪॥

ইন্দ্র উবাচ।

সতাং সকাশে পতিতাসি রাজন্! চ্যুতেঃ প্রতিষ্ঠাং যত্র লব্ধাসি ভূয়ঃ।
এতদ্বিদিত্বা চ পুনর্যযাতে! ত্বং মাবমংস্থাঃ সদৃশঃ শ্রেয়সশ্চ ॥৫॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

ততঃ প্রহায়ামররাজজুষ্টান্ পুণ্যাল্লোঁকান্ পতমানং যযাতিম্।
সম্প্রেক্ষ্য রাজর্ষিবরোঽষ্টকস্তমুবাচ সদ্ধর্ম্মবিধানগোপ্তা ॥৬॥

অষ্টক উবাচ।

কস্ত্বং যুবা বাসবতুল্যরূপঃ স্বতেজসা দীপ্যমানো যথাগ্নিঃ।
পতস্যুদীর্ণাম্বুধরান্ধকারাৎ খাৎ খেচরাণাং প্রবরো যথাঽর্কঃ ॥৭॥
দৃষ্ট্বা চ ত্বাং সূর্য্যপথাৎ পতন্তং বৈশ্বানরার্কদ্যুতিমপ্রমেয়ম্।
কিং নু স্বিদেতৎ পততীতি সর্বে বিতর্কয়ন্তঃ পরিমোহিতাঃ স্মঃ ॥৮॥
দৃষ্ট্বা চ ত্বাং ধিষ্ঠিতং দেবমার্গে শক্রার্কবিষ্ণুপ্রতিমপ্রভাবম্।
অভ্যুদ্গতাস্ত্বাং বয়মদ্য সর্ব্বে তত্ত্বং প্রপাতে তব জিজ্ঞাসমানাঃ ॥৯॥

---

যযাতিনা হাযখি—দেবরাজ! দেবতা, ঋষি, গন্ধর্ব অমদি মীওইবা তপস্বীশিংবু উশিৎথওইদে হায়বগীদমক স্বর্গদা লৈবগী পুণ্যদ, লোযনা মুৎখবে হাযবদি স্বর্গদগী মর্ত্ত্যলোকতা চৎখিবদা সাধু মহাত্মাশিংগী মরক্তা পোকচকগে ॥৪॥ ইন্দ্রনা হায়খি— মহারাজ। স্বর্গদগী নাম্থখিহনা অমুক হন্না মর্ত্ত্যলোকতা সাধু, মহাত্মাশিংগী মরক্তা পোকপিকগনি; মাতুদগী অমুক স্বর্গ অসিদা লাক্কুনা লাইয়ামগী মফমদা ইকায খুম্নবা ফংবিগনি। অদুগা অসিমতগা কাউবিরোইদবনি—হযেং মর্ত্ত্যলোকতা চৎখ্রগা গুণদা, লেংমান্নবা অমদি মহাবাজদগী হেনবশিং অদুবু উশিত্তবা খক তৌবিকরম্নু হন্দক্তি ॥৫॥ বৈশম্পায়ননা হাযখি—অদুগী মতুংদা, যযাতিসি ইন্দ্রনচিংবা দেবতা পুন্নমক্না থল্লবা স্বর্গদগী লৈথা তাখি, মাসি উবদা শাস্ত্র অমদি সাধু মহাত্মাশিংদবু হাকন্নরিবা রাজর্ষি অথোইবা অষ্টকনা যযাতিদা হায়খি ॥৬॥ ষটকনা হাযখি—ইন্দ্রগা মাননা নিংথিজরবা অদুগা মশাগী তেজনা মৈগা মাননা ভাল্লুবা পাখং নংবু কনানো? অতিযাদা পাইরিবা সূর্য্যগা মাননা তেজ লৈরবা নংনা নোংগী মরক্তগী চোংথোরক্তুনা তারকইবা অসি করিগীনো? ॥৭॥ মৈ অমদি সুমিৎকা মান্নবা তেজ লৈরবা অমদি হায়নিংভাই লৈত্রবা মূর্ত্তি পুরবা নংনা আকাশদগী তারকপসি উবদা "করিনো অমা তারক্লিবনে" অসুম হায়না চিংনবগা লোয়ননা ঐ অসি ইশুম শুক্কাৎলে ॥৮॥" বিষ্ণু, সূর্য্য অমদি ইন্দ্রগা মাননা প্রভাব লৈরবা নং অসিনা স্বর্গদগী তারকপা অসিদা, মাসিগী মরম খংনিংমনখ্রদুন' ঐ নংগী নকমদা হংগে

ন চাপি ত্বাং ধৃষ্ণুমঃ প্রষ্টুমগ্রে ন চ ত্বমস্মান্ পৃচ্ছসি যে বয়ং স্মঃ।
তত্ত্বাং পৃচ্ছামি স্পৃহণীয়রূপ! কস্য ত্বং বা কিং নিমিত্তং ত্বমাগাঃ ॥১০॥
ভয়ন্তু তে ব্যেতু বিষাদমোহৌ ত্যজাশু চৈবেন্দ্রসমপ্রভাব!
ত্বাং বর্ত্তমানং হি সতাং সকাশে নালং প্রসোঢ়ুং বলহাপি শক্রঃ ॥১১॥
সন্তঃ প্রতিষ্ঠা হি সুখচ্যুতানাং সতাং সদৈবামরবাজকল্প!!
তে সঙ্গতাঃ স্থাবরজঙ্গমেশাঃ প্রতিষ্ঠিতস্ত্বং সদৃশেষু সৎসু ॥১২॥
প্রভুরগ্নিঃ প্রতপনে ভূমিরাবপনে প্রভুঃ। প্রভুঃ সূর্য্যঃ প্রকাশিত্বে সতাঞ্চাভ্যাগতঃ প্রভুঃ ॥১৩॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
সম্ভব উত্তরযযাতৌ ষট্‌সপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

——:(*):——

হাযতুনা লাক্লিবসিনি ॥৯॥ নংগী রূপ-গুণ অমদি বাণিনা হেনবনা মাসিগী মবম অহানবদা পাক হেক হংবা ঙম্মুদ্রে। অতুগা অম্মনা শংনিংলবা এরৈঙোন্দস্সু কবিনো হাযবা অমতা নংনস্সু এরৈঙোন্দা হংবিখিদে। ফরে অতু মঙাযবে, অমবু ওইবস্সু, অমবু ওইবস্সু হে নিংথিজবনা। নংবু কনানো? কবিগীদমক মফম অসিদা লাক্লিবনো? ॥১০॥ ইন্দ্রগা মাননা তেজ লৈববা। কবিমতা কিগস্সু, অৱাব, সুংঙাযতবা, তফিং তফিংবা পৃম্মমক থাদোকউ। মবমদি নং অসি সাধুশিংগী মরক্তা অমুক তাবক্লে, অতুনা নং অসি বল কৌবা দৈত্যবু হাৎপা ইন্দ্রনক্সু নংবু মাইথিবা পীবা ঙম্মবোই ॥১১॥ ইন্দ্রগা মান্নববা! সাধু মহাত্মাশিংনা সুংঙাইবা নাস্তোকবক্লবা সাধুশিং অতুবু আশ্রয পী, অচৎ চন্তা পোৎ পুম্নমক্তা হর্ত্তা কর্ত্তা ঔৌবা ঙম্নবা সাধু মহাত্মা কযানা মর্ত্ত্যলোক অসিদা লৈরিবনি, অতুনা নহাকস্সু নমান্নবা সাধুশিং অসিগী মরক্তা লৈগে লাকলবনি ॥১২॥ মৈনা মৈশা পীবদা, মনমগা থানদ্রবা লৈবাক্লা মযোল চোং-হনবদা, সুমিৎনা মঙাল পীবদা ৱাৎপা লৈতনা, নিংঙাইবা লৈতনা পীবা ঙম্বা অতুগুম্না অবাকপা অতিথিনা সাধু মহাত্মাশিংবু পীহনবা অমদি থোদাবা ঙম্মি ॥১৩॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারতকী শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদ
আদিপর্ব্বদা সম্ভবকী উত্তর যযাতিদা হুম্ফুতরাতরুক শুবা অধ্যায লোইরে ॥০॥

——(*)——

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব—সম্ভবে উত্তরযযাতেঃ

(হুমফুতরাতরেং শুবা অধ্যায়)

—(*)—

যযাতিরুবাচ ।

অহং যযাতির্নহুষস্য পুত্রঃ পূরোঃ পিতা সর্ব্বভূতাবমানাৎ ।

প্রভ্রংশিতঃ সুরসিদ্ধর্ষিলোকাৎ পরিচ্যুতঃ প্রপতাম্যল্পপুণ্যঃ ॥১॥

অহং হি পূর্ব্বো বয়সা ভবদ্ভ্যস্তেনাভিবাদং ভবতাং ন প্রযুঞ্জে ।

যো বিদ্যয়া তপসা জন্মনা বা বৃদ্ধঃ স পূজ্যো ভবতি দ্বিজানাম্ ॥২॥

অষ্টক উবাচ ।

অবাদীস্ত্বং বয়সা যঃ প্রবৃদ্ধঃ স বৈ রাজন্নাভ্যধিকঃ কথ্যতে চ ।

যো বিদ্যয়া তপসা সম্প্রবৃদ্ধঃ স এব বৃদ্ধো ভবতি দ্বিজানাম্ ॥৩॥

যযাতিরুবাচ ।

প্রতিকূলং কর্ম্মণাং পাপমাহুস্তদ্বর্ত্ততেঽপ্রবণে পাপলোকম্ ।

সন্তোঽসতাং নানুবর্ত্তন্তি চৈনদ্যথা চৈনামনুকূলাস্তথাসন্ ॥৪॥

অভূদ্ধনং মে বিপুলং গতং তদ্বিচেষ্টমানো নাধিগন্তা তদস্মি ।

এবং প্রধার্য্যাত্মহিতে নিবিষ্টো যো বর্ত্ততে স বিজানাতি জীবঃ ॥ ৫ ॥

---

যযাতিনা হায়খি— ঐ অসি নহুষগী মচা অমদি পূরুগী মপা যযাতি হায়বা অদুনি, ঐনা জীব পুম্নমক উশিংলুদনা থোওইকদবদগী খুদক্তা ঐগী পুণ্য পুম্নমক লোইখি, অদুনা ইন্দ্রনা ঐবু স্বর্গদগী তাম্থোকবক্রবনি। মরম অদুনা ঐ অসি দেবলোক, সিদ্ধলোক অমদি ঋষিলোকতগী নাম্থোকখক্লুনা লৈথা তাবক্রবনি ॥ ১ ॥ চহিদদি মযামদগী ঐনা অহল্লি, অদুনা ঐনা মযামদা খুরুমজগদবে। বিদ্যাদা, তপস্যাদা নত্রগা চহিদা অহল ওইবা অদুনা দ্বিজাতিগী মনুংদা ইকায় খুম্নফম অমদি ইবাংনফম ওই ॥ ২ ॥ অষ্টকনা হায়খি— চহিদা অহল ওইবনা অথোইবনি, হায়-বিবি, অদুবু মুনিশিংনদি চহিদা হনবা ভাক্তুনা অথোইবা নত্তে হায়রি; মখোযনা হায়রিবদি বিদ্যাগা তপস্যাগা অনিদা হেনবনা দ্বিজাতিগী মনুংদা অথোইবা ওই ॥৩॥ যযাতিনা হায়খি— অদুম্বা থবক্তা বিরুদ্ধদা চংলবদি পাপ পুই, অদুগা পাপ অদুনা মী অদুবু অতোনবা লৈথা তাবা লোকতা পুদুনা চংখি; অদুগা পাপ অদুনা মরাই হাইগংলিবা নাপল তৌরিবা অদুগী মথক্তা কাখি। মরম অদুনা হৌজিক লৈরিবা সাধুশিং অসিনা অসাধুশিংগী লমচৎ ব্যর্বহারগী মতুং ইন্দবা অদুগুম্নদুনা মমাংঙৈগী মতমগী সাধু মহাত্মাশিংনসু অদুগুম্বা আচরণ অদুবু মতৌখক তমনরমদে ॥৪॥ ঐগী লৈরম্বা ইরল-ইথুম অমদি তপস্যানাচিংবদো লোইনা চংখ্রে; অমুক হোংনক্লুনস মাদু

মহাধনো যো যজতে সুপ্রসন্নৈঃ সর্ববিদ্যাসু বিনীতবুদ্ধিঃ।
বেদানধীত্য তপসা যোজ্য দেহং দিবং স যায়াৎ পুরুষো বীতমোহঃ ॥ ৬ ॥
ন জাতু হৃষ্যেন্মহতা ধনেন বেদানধীয়ীতানহংকৃতঃ স্যাৎ।
নানাভাবা বহবো জীবলোকে দৈবাধীনা নষ্টচেষ্টাধিকারাঃ।
তত্তৎ প্রাপ্য ন বিহন্যেত ধীরো দিষ্টং বলীয় ইতি মত্বাত্মবুদ্ধ্যা ॥ ৭ ॥
সুখং হি জন্তুর্যদি বাপি দুঃখং দৈবাধীনং বিন্দতে নাত্মশক্ত্যা।
তস্মাদ্দিষ্টং বলবন্মন্যমানো ন সংজ্বরেন্নাপি হৃষ্যেৎ কথঞ্চিৎ ॥ ৮ ॥
দুঃখৈর্ন তপ্যেন্ন সুখৈঃ প্রহৃষ্যেৎ সমেন বর্ত্তেত সদৈব ধীরঃ।
দিষ্টং বলীয় ইতি মন্যমানো ন সংজ্বরেন্নাপি হৃষ্যেৎ কথঞ্চিৎ ॥৯॥
ভয়ে ন মুহ্যাম্যষ্টকাহং কদাচিৎ সন্তাপো মে মানসো নাস্তি কশ্চিৎ।
ধাতা যথা মাং বিদধাতি লোকে ধ্রুবং তথাহং ভবিতেতি মত্বা ॥১০॥
সংস্বেদজা অণ্ডজাশ্চোদ্ভিদশ্চ সরীসৃপাঃ কৃময়োঽথাপ্সু মৎস্যাঃ
অথাশ্মানস্তৃণকাষ্ঠঞ্চ সর্বে দিষ্টক্ষয়ে স্বাং প্রকৃতিং ভজন্তি ॥১১॥

---

ফংলরোই। ঐগী ইতৌ অসিবু উবগা অদুগুম্বা মী মহাক অৎনা মশাগী তুংদা করি কান্নবক্কদবা করি কান্নবোইদবা অদু চেকশিন্না যেংদুনা চৎলিবা অদুতনা থাঙ্গৈশেংবা অশংবা অহৈবনি হায়না জগত্তা ফাওবনি ॥৫॥ অদুগুম্বা ইনাকখুনবা মী অদুনা দোষ লৈদবা সঙ্গুবু তৌববা অমদি অদু-গুম্বা মী অদুনা শাস্ত্র পূম্নমক, বেদ পূম্নমক তমু পাকবগা তপস্যা তৌরুববা মীশক অনি অসিতনা মশাগী অজ্ঞানবু লাপহল্লগা স্বর্গ কাখিবা ঙম্মি ॥৬॥ লল থুম যামনা ফংলুববসু কান্নো হবাউ নুংঙাইবোইদবনি, বেদ তমগদোবনি, নৈনগদৌবনি অদগা অসি তৌন তৌন নাপলদি তৌফদে। জগৎ অসিদা জীব পানবা পূম্নমক মাগী মাগী পামজবা তোংঙাল তোংঙাল লৈবিবা ঙাক্কনি; মখোয় পূম্নমক অদো তম্মকপগী মথা পোন্না নৈনা ঙাক্কনি. অদুগা মাগী মাগী তঙ্গখিবা হায়বা অসিনা মী পূম্নমককী হোৎনবা, অইনকনবা অমদি মতিক চাবা মগুণনসু মাংহল্লিবনি। মবম অদুনা অশিংবা মীনা ধন-জন ফংলবা ফাওবদা লাইবক্তা তমলকপনা হেন্না কল্লি অসুম হায়না খন্দুনা চৎকদোবনি; অহমনদি ওইরবদা মশা মথন্তগী মবুদ্ধিগী দোষনা মাংহঞ্জবদি চুম্মে ॥ ৭ ॥ থৱাই পানবা পূম্নমক লাইবক্তা তমখিবনা অৱা নুংঙাইবা ফংবা ঙাক্কনি, মাগী মশাগী শক্তিনা অৱা-নুংঙাই ফংগে হায়বা য়াবা নত্তে। মবম অদুনা লাইবক্তা তমখিবা হায়বসিনা মকল্লে হায়না খন্দুনা করিগুম্বা হিরমদা নুংঙাইতবা অমদি নুংঙাইগনখিদুনা পাখৎপা তৌবোইদবনি ॥৯॥ অষ্টক! বিধাতানা ঐঙোন্দা ঐগীদমক তম্নকপা অবস্থা অদুমক জগৎ অসিগী মনুংদা ঐনা ফংলিবনি খন্দুনা, অৱাবা খুদোংথিবা তারবা ফাউবদা ঐ অসি থক নুংঙাইতবা শুম্বাৎপা তৌখিদ্রি অদুগা করিগুম্বা বিষয়দা পুক্নিংদা নুঙাইহৌদবা, চাবহৌবা হায়বা অদুমা তৌখিদ্রি ॥ ১০ ॥ নমথি-হংঙাই, হুমাংনচিংবদগী পোকপা, মকমদগী পোকপা, লৈবাক্তগী পোকপা, লিল, তীল ঙা, লুং, নাপী অদুগা চৈতেক অসিনচিংবা পোৎ পুম্নমক অসে মানা মানা তৌরমগদবা, চাবমগদবা ভোগ পূম্নমক অদুনা হেক লোইখিবদা মাগী মাগী মহৌশাগী হৌরকফম, মহৌশা হায়বী অদুদা তিল্লগদোবা ঙাক্কনি ॥ ১১ ॥

অনিত্যতাং সুখদুঃখস্য বুদ্ধা কস্মাৎ সন্তাপমষ্টকাহং ভজেয়ম্ ।
কিং কুর্য্যাং বৈ কিঞ্চ কৃত্বা ন তপ্যে তস্মাৎ সন্তাপং বর্জয়াম প্রমত্তঃ ॥১২॥

বৈশম্পায়ন উবাচ ।

এবং ব্রুবাণং নৃপতিং যযাতিম্ অথাষ্টকঃ পুনরেবান্বপৃচ্ছৎ ।
মাতামহং সর্ব্বগুণোপপন্নং তত্র স্থিতং স্বর্গলোকে যথাবৎ ॥১৩॥

অষ্টক উবাচ ।

যে যে লোকাঃ পার্থিবেন্দ্র ! প্রধানাস্ত্বয়া ভুক্তা যঞ্চ কালং যথাবৎ ।
তান্ মে রাজন্ ! ব্রূহি সর্বান যথাবৎ ক্ষেত্রজ্ঞবদ্ভাষসে ত্বং হি ধর্ম্মান্ ॥১৪॥

যযাতিরুবাচ ।

রাজাহমাসমিহ সার্বভৌমস্ততো লোকান্ মহতশ্চাজয়ং বৈ ।
তত্রাবসং বর্ষসহস্রমাত্রং ততো লোকং পরমস্ম্যভ্যুপেতঃ ॥১৫॥
ততঃ পুরীং পুরুহূতস্য রম্যাং সহস্রদ্বারাং শতযোজনায়তাম্ ।
অধ্যাবসং বর্ষসহস্রমাত্রং ততো লোকং পরমস্ম্যভ্যুপেতঃ ॥১৬॥
ততো দিব্যমজরং প্রাপ্য লোকং প্রজাপতের্লোকপতের্দুরাপম্ ।
তত্রাবসং বর্ষসহস্রমাত্রং ততো লোকং পরমস্ম্যভ্যুপেতঃ ॥১৭॥
স দেবদেবস্য নিবেশনে চ বিহৃত্য লোকানবসং যথেষ্টম্ ।
সম্পূজ্যমানস্ত্রিদশৈঃ সমস্তৈস্তুল্যপ্রভাবদ্যুতিরীশ্বরাণাম্ ॥১৮॥

---

অষ্টক ! অবা-মুংঙাই পৃথ্বগী অবেপ্পা নাইদবা মওং অসি মুন্না খংলুববা ঐনা পুংরুংদা করিগী ৱাজকগদগে ? ৱাকচুনস্তু মাত্বগী প্রতীকার নৈদবদা অমদি লাংতরুদবা অদুসু ভস্মবোইদবা মতমদা মুংঙাইহৌদবা—লাংতক্লবা হাযবা অদুমক থাদোকলিবা ঐনি ॥১২॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি —গুণ চেল্লবা, মমা পোকপা মপু যযাতিনা স্বাকাশতা লৈনা লৈনা জ্ঞান অসি অষ্টকতা তাক্লবা মতুংদা অষ্টকনা অমুবক হন্না যযাতিগী মফমদা স্বর্গা মওং, ৱাবি অপুন্বা হংখি ॥১৩॥ অষ্টকনা হায়খি—মহারাজ ! অদুবৈ স্বর্গদা মহারাজনা লৈবিবিগুঁদা তথোই অথোইবা লোক লোক খিবিক্তা তোংঙাল তোংঙালবা ভোগ ফংলদুনা অসিদা অমুক লাকপিববনি, মাত্র অমুক্তা মথংশিংনা ঐঙোন্দা হায়বিয়ু। মরমদি মহারাজনা আত্মা মশক থংলবা অমাগুননা ধর্ম্মগা ৱাসু ঙাংবিবি ॥১৪॥

যযাতিনা হায়খি—ঐ অসি অহানবদা মর্ত্তলোকতা নিংথৌ অমা ওইনা পোক্লমই, অদুগী মতুংদা নিংথৌ অযাম্ববু জয় তৌদুনা নিংথৌবেন ওইনা পান্দুনা চহি লিশিং অমা চুপনা লৈকরে অদুগী মতুংদা অতোপ্পা লোক অমদা অমুক চৎলুরে ॥১৫॥ অদুগী মতুংদা ইন্দ্রগী অমরাবতী কৌবা নগরদা চৎলুবে, হায়রিবা অমরাবতী নগর অসি সনথোং লিশিং অমা কাৎলি অদুগা মরাক মযুংদা যুথক চামনি, ফজবদা মপা লৈতে। মফম অদুদা ঐ চহি লিশিং অমা লৈকই ; অদুগীমতুংদা লোক অমদা অমুক চৎলুরে ॥১৬॥ অদুগী মতুংদা ব্রহ্মলোকতা চৎলি , হায়রিবা লোক অসি অতোপ্পা অমনা তরাই তরাইনা য়োৱা—ফংবা ঙমদবা লমনি, খাইদগী হেন্না ফজবনি, মফম অদুদা লৈবশিং অদুগী জর হায়বা অবস্থা অদু লৈতে হায়বদি খক অহন ওইদে। মফম অদুদসু ঐহাক চহি লিশিং অমা লৈরুই, অদুদগী লোক অমদা অমুক চৎলি ॥১৭॥ অদুদগী শিবগী কৈলাস ধামদা য়ৌরুরে ; মফম অদুদা লৈরম্বা রুদ্রশিং অদুগী মতৌগুম ঐগী প্রভাব অমদি তেজ লৈরমই ; মফম অদুদা ইনিং ইখা তম্না কোইচৎ চত্নুনা বৈকুণ্ঠন-চিংবা লোক য়ৌকরে ; মফম অদুদা দেবতাশিংনা যাম্না তরাম তরাম তৌবিরমই ॥১৮॥

তথাবসং নন্দনে কামরূপী সংবৎসরাণামযুতং শতানাম্।
সহাপ্সরোভির্বিহরন্ পুণ্যগন্ধান্ পশ্যন্ নগান্ পুষ্পিতাংশ্চারুরূপান্ ॥১৯॥
তত্র স্থিতং মাং দেবসুখেষু সক্তং কালেঽতীতে মহতি ততোঽতিমাত্রম্।
দূতো দেবানামব্রবীদুগ্ররূপো ধ্বংসেত্যুচ্চৈস্ত্রিঃ প্লুতেন স্বরেণ ॥২০॥
এতাবন্মে বিদিতং রাজসিংহ! ততো ভ্রষ্টোঽহং নন্দনাৎ ক্ষীণপুণ্যঃ।
বাচোঽশ্রৌষমন্তরিক্ষে সুরাণাং সানুক্রোশাঃ শোচতাং মাং নরেন্দ্র! ॥২১॥
অহো কষ্টং ক্ষীণপুণ্যো যযাতিঃ পতত্যসৌ পুণ্যকৃৎ পুণ্যকীর্ত্তিঃ।
তানব্রুবং পতমানস্ততোঽহং সতাং মধ্যে নিপতেয়ং কথং নু ॥২২॥
তৈরাখ্যাতা ভবতাং যজ্ঞভূমিঃ সমীক্ষ্য চেমাং ত্বরিতমুপাগতোঽস্মি।
হবির্গন্ধং দেশিকং যজ্ঞভূমের্ধূমাপাঙ্গং প্রতিগৃহ্য প্রতীতঃ ॥২৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
সম্ভবে উত্তরযযাতে সপ্তসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

——:(*):——

অহুদগী ঐনা যাম্না কামী ওইদুনা চহি চা কযা অপ্সরাশিংগা শান্নমিন্নদুনা, মনম মুংশিববা হৈপাল লৈপাল কযা কযানা পল্লবা দৃশ্য যেংদুনা নন্দন বনদা লৈকই ॥ ১৯ ॥ মফম অদুদা ঐনা দেবতামক্কী মতৌগুম যাম্না হবাউ তযাম্না লৈবরে ; মতৌ অসুমনা যামনা কুইনা লৈরবা তুংদা নোংমা অকিবগী মশক ফংলবা দেবদূত অমা লাক্কুনা খোঞ্জেল লাওনা ঐভোললোমদা "তারো, তারো, তাবো" অসুম হাযনা অহুমক লাউবকই ॥ ২০ ॥ নিংথৌ অথোইবা অষ্টক! অসি ফাওবদি স্বর্গগী মরমদা ঐ খংভি, অদুগী মতুংদা ঐগী পুণ্য কর্ম্মগী মহৈনা লোইখ্রবদা হুজিক নন্দন বনদগী তারকইবা অসিনি। তাবকপা মতমদা ঐগীদমক অব্বাবা ফোংদোকপিদুনা থৌজালগা লোয়ননা স্বর্গগী দেবতাশিংনা হায়খিবা ৱাশিংদো ঐনা আকাশদা লৈন লৈনা তারমই ॥ ২১ ॥ হায! হায! অব্বাবনি, অব্বাবনি! পুণ্য চেল্লবা, শেংলবা মিংচৎনা মাগী ওইরবা যযাতি নিংথৌ অসে মাগী পুণ্য লোইখ্রদুনা তাথ্রে, তাথ্রে। মতম অদুদা ঐনা তান-তানা মখোযদা হায়রমই — ঐনা মতৌ কবমনা সাধু মহাত্মাশিংগী মরমক্তা তাকবা ঙমগদগে ॥ ২২ ॥ মতম অদুদা মখোযনা নখোযনা হোৎজিক যজ্ঞ তৌদুনা লৈরবা মফম অসে তাক্লকই। ঐসু অবাপ্পদগী হোম তৌবগী চেং থোইদিং অমদি হবিগী মনম তাদুনা, কারক্লিবা মৈখুগী মতোল অহু উবদা যজ্ঞ স্থান হাযবহু অসি ওইবা তারে হাযনা খন্দুনা মফম অসি তাম্না লাকলিবসিনি ॥ ২৩ ॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারততা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা
আদিপর্ব্বদা সম্ভবতা উত্তর যযাতিগী মতাংদা হুম্ফুতরা তরেৎ শুবা অধ্যায় লোয়রে ॥ ০ ॥

—:০:—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদিপর্ব—সম্ভবে উত্তরযযাতেঃ

(ছন্দ্যুতরানিপালশুবা অধ্যায়)

—:*:—

অষ্টক উবাচ।

যদাহবসো নন্দনে কামরূপী সংবৎসরাণামযুতং শতানাম্।
কিং কারণং কার্ত্তযুগপ্রধান! হিত্বা চ ত্বং বসুধামন্বপদ্যঃ ॥১॥

যযাতিরুবাচ।

জ্ঞাতিঃ সুহৃৎ স্বজনো বা যথেহ ক্ষীণে বিত্তে ত্যজ্যতে মানবৈর্হি।
তথা তত্র ক্ষীণপুণ্যং মনুষ্যং ত্যজন্তি সদ্যঃ সেশ্বরা দেবসংঘাঃ ॥ ২ ॥

অষ্টক উবাচ।

তস্মিন্ কথং ক্ষীণপুণ্যা ভবন্তি সংমুহ্যতে মেঽত্র মনোঽতিমাত্রম্।
কিং বা বিশিষ্টাঃ কস্য ধামোপযান্তি তদ্বৈ ব্রূহি ক্ষেত্রবিত্ত্বং মতো মে ॥৩॥

যযাতিরুবাচ।

ইমং ভৌমং নরকং তে পতন্তি লালপ্যমানা নরদেব! সর্ব্বে।
তে কঙ্কগোমায়ুবলাশনার্থে ক্ষীণে পুণ্যে বহুধা প্রব্রজন্তি ॥৪॥
তস্মাদেতদ্বর্জনীয়ং নরেন্দ্র! দুষ্টং লোকে গর্হণীয়ঞ্চ কর্ম্ম।
আখ্যাতং তে পার্থিব! সর্ব্বমেব ভূয়শ্চেদানীং বদ কিং তে বদামি ॥৫॥

---

অষ্টকনা হায়খি—হে সত্যযুগকী অথোইবা! কামগী মশক লৌহনা চহি চা কয়া নন্দন বনদা লৈবিকবে; অদুগা অমুক কবিগীদমক সুংড়াইববা মফম অদু থাদোক্লুনা পৃথিবী অসিদা লাকপিরিবনো? ॥১॥ যযাতিনা হায়খি—লন থুমনা চামিন্নদুনা লোয়শ্নবদা শাগৈ নাতৈ মরূপ মপাংনা থাদোবকপা অদুগুম, ইন্দ্রনচিংবা দেবতা পুম্নমকসু পুণ্যনা হেক লোইখিবদা মর্ত্ত্যলোককী মী ওইববু হেক হেক থাদোবকই ॥২॥ অষ্টকনা হায়খি—স্বর্গদা ভোগ তৌরগা মাগী পুণ্যনা লোইশ্নবদা মীওইবনা করম্বা অবস্থাদা লাকপগে, বিষয় অসিদা ঐগী পুক্নিংদা যামনা চিংনবা অমা পোকই; অদুগা থোইদোক্না পুণ্যচেন্নবা মীশিং অদুনা করম্বা লোকতা চৎখিবগে? অসি পুম্নমকসি হায়বিযু; নরমদি নহাক অসি আত্মতত্ত্ব খংলবা মী অমনি হায়না লৌই ॥৩॥ যযাতিনা হায়খি—পুণ্যনা মাংশ্নবদা মী পুম্নমক অসিনা কপ-লাউদুনা নরককী মশক ওইরবা মর্ত্ত্যলোক অসিদা তারকই; অদুগী মতুংদা মখোয়না লংজা, কাক, লমহুই, অসিনচিংবা শা চাবা জীব কয়াগী মচিন্নাকীদমক্তা মাগী মাগী বংশ মশিং হেন্গৎনবা কোইচৎ চত্তুনা লৈবি ॥৪॥ মরম অদুনা অষ্টক! (কর্ম্মশিংগী

অষ্টক উবাচ।

যদা তু তান্ বিতুদন্তে বয়াংসি তথা গৃধ্রাঃ শিতিকণ্ঠাঃ পতঙ্গাঃ।
কথং ভবন্তি কথমাভবন্তি ন ভৌমমন্যং নরকং শৃণোমি॥৬॥

যযাতিরুবাচ।

ঊর্দ্ধং দেহাৎ কর্ম্মণা জৃম্ভমাণা ব্যক্তং পৃথিব্যামনুসঞ্চরন্তি।
ইমং ভৌমং নরকং তে পতন্তি নাবেক্ষন্তে বর্ষপূগাননেকান্॥৭॥

---

মনুংদা কাম্য কর্ম্ম অভিচারকর্ম্ম, হাযবিবা কর্ম্ম মখল অনি অসি থাদোক্কদৌবনি॥ * নিংথৌ! নংগী নফমদা পুমনমক অসি লীবর্নি, হুজিক কবি অমুক হাযখো হাযবগে? ॥৫॥ অষ্টকনা হাযখি— লংক্রা, ক্বাক, ব্বাহোং, শজি শঙাইনচিংবা শা উচেকশিং অসিনা স্বর্গদগী তাবকপা মতমা মখোযনা নীওইবগী হকচাংবু চাবৈ, মতম অদুদা মখোযগী অবস্থা কবম তৌবগে? অদুগা মতৌকরমনা অমুক হন্না মর্ত্ত্যলোকতা পোক্লবগে? অদুগা মর্ত্ত্যলোক অসিদা নরক অমা লৈ হাযবসি ঐখোবদি তাদ্রে॥৬॥

যযাতিনা হাযখি—হকচাংনা মাংখ্রবা তুংদা জীবনা মানা তৌবম্বা কর্ম্মগী মতুংইন্না মমা ওইরু ওইরুগদৌবাগী মবুক্তা চংখি, মফম অদুদা চংখ্রগা জীব অদুগী মশা অদু * অম্মম চাউখৎলকই, অদুগী মতুংদা হকচাং অদুগী মমুংদা জীব অদুনা লৈদুনা মমাগী গর্ভ মনুংদগী থোরক্কুনা পৃথিবী অসিদা অমুক হঙ্গৎহন্দা চৎলৈ, মাসি পুম্নমক তশেং তশেং উহনা লৈনবিবা অসিনি। অদুগী মতুংদা মথং মথং মাগী পুন্সিগী চহি মতমনা চথবি হাযবসি থোইদোক্লা হন্দ্রানা খল্লুবা তৌদে নরক্কা মান্নরবা

---

* টীকা— কর্ম্ম হায়বসি অজ্ঞানবদা অমতদি ওইবগা 'বদ্ধাভি জায়তে' হায়বা শ্রুতি প্রমাণ অদু গুমলহৌ মনতা ওইবা কর্ম্ম অদুদগী মশক মও মান্নদবা কর্ম্ম মথল কয়া পোকখি। মাদুদি অকর্ম্ম, বিকর্ম্ম, স্বকর্ম্ম, নিত্য-কর্ম্ম, কাম্যকর্ম্ম, অমদি নৈমিত্তক-কর্ম্ম অসিনচিংবা মথল মথল য়ামনা লৈখি, অসিতমু নত্তনা অভিচার কর্ম্মনাচিংবা শাখা প্রশাখা যামনা লৈখি। কর্ম্মশিং অসিদা তৌগনা অশবা কর্ম্ম অদুমদি হুত্তো তৌ হৌ-দনা মী ওইবনা পুন্সি লেল্লি। ব্রহ্মদগী পোকলকপা অনিত্য পদার্থশিং অসিবু তান্নবদা ব্রহ্ম অমবুদি তান্নহৌদে। কাম্য-ব্যভিচারনচিংবা কর্ম্ম তৌবিবৈদা অশবা কর্ম্ম অহুমদি তাহৌদব। তৌদ্রবমু থোইনা কায়বা লৈতবা, মাবু তৌরুবগা অপাম্বা মুংশিবা, কায়নবগী অরাবদা হেঙ্গৎহনবা অদুগুম্বা কর্ম্মবু কাম্যকর্ম্ম কৌই। হায়রিবা কাম্যকর্ম্ম অসিনা অমুক কাহঞ্জিল্লকুবদি ব্যভিচার অভিচারনচিংবা কর্ম্মশিং অসি পোক্লকই। কর্ম্মশিং অসিনা মীওইববু লৈথা তাহল্লি। অদুনা যযাতিনা হায়রিবা ভাবতি পুম্নমক অসি ওমদ্রবমু কাম্যকর্ম্মগা অভিচার কর্ম্মগা অনি অসিতদি থাদোক্কনি হায়বনি॥

ঃ — হকচাং মাংখ্রবা—লৈখিদ্রবা জীব অদুনা কদায়দগী হকচাং অমা পুশিনখিদুনা মমাগী গর্ভদা হকচাং অদু চাউখংখিব্রা অমুম হাযনা চিংনরবদা অমুম খংগদৌবনি—মাদুদি, পৃথিবীদা হৌজিক উরিবা জাবশিংসিগী হকচাংনা স্থূল শরীর কৌই। স্থূল শরীর অসিনা লোপ ওইখ্রবদা হাযবদি উথিদ্রবদা (আদর্শনংলোপঃ—ইতি পাণিনিঃ) হাযবদি লৈন লৈন মশক উথিদ্রবদা মশক উথিদ্রিবা পীরুবা হকচাং অদো সুক্ষ্ম শরীর নত্রগা লিঙ্গ শরীর কৌই। লিঙ্গ শরীর অসি[illegible]রিবা মৈ-ঈশিংন-চিংবা পঞ্চভূত অসি পঞ্চ তন্মাত্রা কৌই, পরমাণুগী মশকনি। অসিগুম্বা মশক উদবা মখৈ পীরুবা

ষষ্টিং সহস্রাণি পতন্তি ব্যোম্নি তথা অশীতিং পরিবৎসরাণি।
তান্ তুদন্তি পততঃ প্রপাতং ভীমা ভৌমা রাক্ষসাস্তীক্ষ্ণদংষ্ট্রাঃ ॥৮॥

অষ্টক উবাচ।

যদেনসস্তে পততস্তুদন্তি ভীমা ভৌমা রাক্ষসাস্তীক্ষ্ণদংষ্ট্রাঃ।
কথং ভবন্তি কথমাভবন্তি কথম্ভূতা গর্ভভূতা ভবন্তি ॥৯॥

যযাতিরুবাচ।

অস্রং রেতঃ পুষ্পফলানুপৃক্তম্ অন্বেতি তদ্বৈ পুরুষেণ সৃষ্টম্।
স বৈ তস্যা রজ আপদ্যতে বৈ স গর্ভভূতঃ সমুপৈতি তত্র ॥১০॥

মান্নববা মর্ত্যলোক অসিদা হঙ্গৎহন্দাদে চত্তুনা লৈরিবা অসিনি ॥৭॥ মী ওইবা হায়বা অসিনা মাগী মাগী কর্ম্মগী নতুংইন্না চহি লিশিং হুম্ফু নত্রগা লিশিং মরিফু স্বর্গদা লৈ, অদুগী মতুংদা স্বর্গদা লৈবগী মতিক চাবা পুণ্য অদুনা হেক হেক লোয়রকপদা মর্ত্যলোক্তা তারকই, মতম অদুদা ময়া থৌরবা, অকিবগী মশক ফংলবা, ভূমণ্ডল অসিদা লৈবম্বা হিংচাবাশিংনা মী অদুবু যাম্না ওৎতুনা অম্বাবা পা ॥৮॥ অষ্টকনা হায়খি —মী অইবনা মানা মানা তৌবা পাপনা স্বর্গদগী পৃথিবীদা তারক্লবদা হিংচাবাশিং অদুনা চাথোক্লবদা মহাক অদুদি করম অমুক তৌখ্রবগে? মতৌ করম্না চাথোকখ্রবা মানা গর্ভ মনুংদা চংলকপগে? অদুগা মতৌ করম্না খোং-খুৎনাচিংবা ইন্দ্রিয়শিং অসি পানখ্রিবনো?

যযাতিনা হায়খি —নিপাগী শুক্র অমগা মুপীগী ঈ পোৎশক অনি অসিনা মপালগা মহৈগা অনিনা থুদক্তা অমগী মশক অমনা লৌদুনা তিরাখিবগুম তিন্নখিহনা নাউয়োমদা চংমিন্নখি; মতম অদুদা জীব অহনা শুক্রগা (বীর্য) ঈ (রতি) গা অনিদা চংখিদুনা হায়রিবা অদুম অসিনা পুলপা তোৎন যান্নদুনা মমা ওইরুগদৌবা অদুগী মপুক মনুংদা গর্ভ কৌদুনা লৈখি। * ॥১০॥

টীকা শরীর অসিদা চংদুনা জীব অদুনা মমাগী গর্ভদা চংশিনখিবনি। জীবদি চত্তে, লেংদে, পোক্তে, লিঙ্গ শরীর অসি তুংদুনা লৈবনা চৎখি অমুকসু হল্লকই। অসিগুম্বা তন্মাত্রানা শাবা হকচাং অসিদি মৈনসু চাকখিদে, ঈশিংনসু থুক্কংখিদে। অহগা কৈনা, হিংচাবশিংনসু চাখিদে (নৈনংছিন্দন্তি শস্ত্রানি ... ..) হায়রিবাসি নোংচুপলোমগী সাযন্স হায়বদি বিজ্ঞাননা ককপা শুমদ্রবা সমাধাননি।

* হায়বদি গর্ভ হায়রিবগী অর্থবু জীব অদুবুনি। গর্ভ কৌবা জীব অদুবু পুবনা মুপী নত্রগা অমোমবু গর্ভিনী অমুম হায়না লোকতা ব্যবহার তৌনবতনি। শুক্র, শোণিত অমদি জীব অহুম অসি পুল্লগা গর্ভ কৌই; হায়বদি জীব অসিনা শুক্রগা শোণিতকা হায়বদি সম্ভোগকী মতমদা নিপা মুপী লাব অমোম অনিদগী মতম মতমদা থোক্লরক্না তিন্নখিবা অমগী সরাংশ অনি অসিগী মনুংদা জীব অসিনা হেক চংখিবদা মমা ওইরুগদৌবা অদুগী পুক্নুংদা লৈরিবা মথৈ গর্ভ কৌই হায়বনি। গ, র, ভ অহুম অসিনা শুক্র, রক্ত, জীব অহুমসিবু থংনহল্লি। জীবনা শুক্রগা শোণিতকা অনিগী মরমতা চংলকপা অসি সংসারদা চংলকপনি। মরম অদুনা জগৎসংসার মপুম অসি ব্রহ্মগী গর্ভনি হায়বা য়াই। গ, র, ভ, অহুম অসিনা মথক মথা ওন্নরগা ভ, র, গ, হায়বদি ভর্গ হায়বম্থোকই। হায়রিবা সংসারদগী তোংডান্না লৈথিবা ব্রহ্মগী মশক ওইবা ভর্গোদেববু মহর্ষিশিংনা ধ্যান অমদি জপ তৌই। "ভর্গোদেবস্য ধীমহি, ধিয়ো য়োনঃ প্রচোদয়াৎ" অসিমক্তিংবা গায়ত্রী মন্ত্রগী ব্যাখ্যান য়ান্না লৈখি ॥১০॥

বনস্পতীনোষধীশ্চাখিশন্তি অপো বায়ুং পৃথিবীঞ্চান্তরিক্ষম্।
চতুষ্পাদং দ্বিপদঞ্চাপি সর্বম্ এবম্ভূতা গর্ভভূতা ভবন্তি ॥১১॥

অষ্টক উবাচ।

অন্যদ্বপুর্বিদধাতীহ গর্ভম্ উতাহোস্বিৎ স্বেন কায়েন যাতি।
আপদ্যমানো নরযোনিমেতাম্ আচক্ষ্ব মে সংশয়াৎ প্রব্রবীমি ॥১২॥
শরীরদেহাভিসমুচ্ছ্রয়ঞ্চ চক্ষুঃশ্রোত্রে লভতে কেন সংজ্ঞাম্।
এতত্তত্ত্বং সর্ব্বমাচক্ষ্ব পৃষ্টঃ ক্ষেত্রজ্ঞং ত্বাং তাত! মন্যাম সর্বে ॥১৩॥

যযাতিরুবাচ।

বায়ুঃ সমুৎকর্ষতি গর্ভযোনিম্ ঋতৌ রেতঃ পুষ্পরসানুপৃক্তম্।
স তত্র তন্মাত্রকৃতাধিকারঃ ক্রমেণ সংবর্দ্ধয়তীহ গর্ভম্ ॥১৪॥
স জায়মানো বিগৃহীতমাত্রঃ সংজ্ঞামধিষ্ঠায় ততো মনুষ্যঃ।
স শ্রোত্রাভ্যাং বেদয়তীহ শব্দং স বৈ রূপং পশ্যতি চক্ষুষা চ ॥১৫॥

---

পুণ্য অদুনা হেক লোইখিবদা জীবসি স্বর্গদগী নাম্থরক্লুনা অহানবদা নোংগী মবক্তা চংখি, অদুগী মতুংদা মংলিবা নোং অদুদগী তাররিবা নোং বোবা ঈশিং মবি--মরি অদুদা য়াওবক্লুনা মহৈ মবোং পানগদবা পাম্বীশিংগী মক্বদা চংখি; মহৈ--মবোংশিং অসিবু জীবশিং অদুনা অমুক চাবৈ, চাখিব্রাশিং অদুগী মচি ওইবা শকক অদুনা শুক্র অমুক ওইখি। শুক্র অদুনা অমুক শা-উচেকী অমোমগী পুকমুংদা চংভি; মতৌ অমম্না জীব অদুনা লাক্লুনা গর্ভ পিণ্ড মনুংদা লেংদনা লৈখি ॥১১॥ অষ্টকনা হংখি—জীব হায়বা অসিনা মর্ত্তালোক্তা থবাই পানবশিং অসিগী মরক্তা লৈকুগে হাযদুনা লাকপাসি হান্নগী মাগী মশা অদুগী মওং অহমক লোহনা—পুদুনা গর্ভ অদুগী মনুংদা চংখিববা? নত্রগা অতোপ্পা তোংভানবা, মমা ওইরুগদোরিবা অদুগী হকচাংগী মওং অদু লোদুনা চংখিববা? যাম্না চিংনবদুনা বা অসি ঐমা হংজরিবনি, মাসিগী পাউথুম পিবিয়ু ॥১২॥ জীব পানবা পীক্লবা হকচাংশিং অদুনা মমাগী হকচাং মনুংদা লৈদুনা করি কবম চা-থক্লুনা হকচাং—চাউখওলকপা, মিৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রয়শিং অসি অমদি শোকপা থেংবানচিংবা হকচাংদা ফাওরকপা জ্ঞান অসি ফংলকপগে? ঐনা হংজরিবা পুন্নমকসে মথংশিংনা তাকপিয়ু; ঐখোয়না মহারাজবু শরীর তত্ত্ব খংবা মীশক অমুনি হায়না লৌজে ॥১৩॥

যযাতিনা হায়খি—ঋতুগী মতমদা ওইখিবা মপীগী ঈ অমদি নিপাগী বীর্য্য অনি অসিবু কোষ্ঠদা লৈবা (নাকথংগী শরক্তা) মুংশিংনা পূলপনা চিংশিনলি, মথং মথং অনুম চিংশিলখিদুনা হায়বিবা গর্ভ অদুবু চাউখৎহল্লি। হায়রিবা মুংশিং অসিগী মথোদ্দি থবক অনি অসিতনি ॥ ১৪ ॥ জীব অসিনা সূক্ষ্ম শরীর অসি পুদুনা গর্ভপিণ্ড অদুগী মনুংদা চংখি, অদুগী মতুংদা মতম খরা লৈরুরগা শোকপা পনবনচিংবগী হকচাংদা ফাওবগী জ্ঞান ফংলবা কান্দা মমাগী পুকমুংদগী থোরকই, অদুগী মতুংদা "ঐ

ঘ্রাণেন গন্ধং জিহ্বয়াথো রসঞ্চ ত্বচা স্পর্শং মনসা বেদ ভাবম্ ।
ইত্যষ্টকহোপহিতং হি বিদ্ধি মহাত্মনঃ প্রাণভৃতঃ শরীরে ॥১৬॥

অষ্টক উবাচ ।

যঃ সংস্থিতঃ পুরুষো দহ্যতে বা নিখন্যতে বাপি নিকৃষ্যতে বা ।
অভাবভূতঃ স বিনাশমেত্য কেনাত্মানং চেতয়তে পরস্তাৎ ॥১৭॥

যযাতিরুবাচ ।

হিত্বা সোঽসূন্ সুপ্তবন্নিষ্টনিত্বা পুরোধায় সুকৃতং দুষ্কৃতং বা ।
অন্যাং যোনিংপবনাগ্রানুসারী হিত্বা দেহং ভজতে রাজসিংহ ! ॥১৮॥
পুণ্যাং যোনিং পুণ্যকৃতো ব্রজন্তি পাপাং যোনিং পাপকৃতো ব্রজন্তি ।
কীটাঃ পতঙ্গাশ্চ ভবন্তি পাপা ন মে বিবক্ষাস্তি মহানুভাব ! ॥১৯॥
চতুষ্পদাঃ দ্বিপদাঃ ষট্পদাশ্চ তথাভূতা গর্ভভূতা ভবন্তি।
আখ্যাতমেতন্নিখিলেন সর্বং ভূয়স্তু কিং পৃচ্ছসি রাজসিংহ । ॥২০॥

---

মীনি" অসিনচিংবা অহংকার (ঐনি হায়বা জ্ঞান) অসি খংহৌদনা পোকপা হৌখি, অমসুং নাকোং-না খোঙ্গেল, মিৎনা মশক মওং, নাতোঙ্গা মনম, লৈনা মহাউ, উনশানা থেংবা-শোকপগী অকন-অথোৎ পগী জ্ঞান অদুগা পুক্লিংনা মথঙ্গা হায়খিবা পূন্নমক অসিবু লৌই । অষ্টক । উনন্নিবা স্থূল শরীর অসিগী মনুংদা মতৌ অমুম্না লৈরিবা লিঙ্গশরীর অসিনা স্থূল শরীর অসিগা মফম পূন্নমক মরি হেক লৈনখিবা কাল অদুদা জীব অসিগী মিৎনাচিংবা অমদি শোকপা পনবগী জ্ঞান ফংবা হৌই হায়বসি খংগদবনি ॥১৫—১৬ ॥

অষ্টকনা হায়খি—মচা মশুনাচিংবনা মপা-মমাগী অশিবা হকচাং অদুবু মৈদা থাদোকখি. নত্রগা লৈমুংদা ফুমখি নত্রগা চিংদুনা পুদুনা ঈশিংদা লংথখি ; অউবা, শোকপা য়াবা অশিবা হকচাং অদুদি পুমলৈ লৈখিদ্রবনি; অদুগুম্বা লৈখিদ্রবা মানা মতৌ করম্না অতোপ্পা হকচাংগী পোকপা শিবগী বা পাউ পূন্নমক অসি খংবা ক্রমলিবনো ? ।' *১৭॥ যযাতিনা হায়খি— নিংথৌ অথোইবা অষ্টক ! সূক্ষ্ম শরীরদা তোংদুনা লৈরম্বা জীব অসিনা স্থূল শরীরবু থাদোক্লনা চংখিবা মতমদা তুমখুল হুন্দনা তুমদুনা লৈবা মীগুমনা তাবা ফংদ্রবা বোঙ্গেলনা ভাংল ভাংলদুনা স্থূলদেহ অসিনা লৈরম্বা প্রাণ বায়ুবু পুদুনা, পাপ অমদি পুণ্যবু খোংলোই শুঙ্কুনা, সুংশিন্নুনা শাবা হকচাংদা চংদুনা মপানথোংগী মঙ্গাবায়ুদগীমু হেন্না য়াংনা অতোপপা যোনি অমদা চংখিদুনা হায়খিবা স্থূল দেহ অদো অমুক আশ্রয় লৌখি ॥ ১৮ ॥ পুণ্য পুদুনা লাকপা জীবনা অফংবা যোনিদা চংখি অমগা, পাপী ওইবা জীবনা পাপ যোনিদা চংখি, অদুগা উচেক খায়া, তীল কাংশচিংবা ওইনা শোকখি'। অষ্টক। বিবক্ষ অসিনা মাসিদগী হেন্না খথা তানা অমুক হায়খনিদ্রে ॥ ১৯ ॥ অদুগা অমদি কম্বিদো হায়বা সূক্ষ্ম শরীরনা লৈরবা জীব অসিনা মনা ওইকদোন্নিবা অতুনী গর্ভদা চংখিদুনা লৈরম লৈরমন্নিবা মনা অতুনী শাগৎ

---

* টীকা:— যাদি চার্বাক অচিংবা নাস্তিকশিংগী মতদুদা হায়বা প্রশ্নদি ॥ ১৭ ॥

অষ্টক উবাচ।

কিং স্বিৎ কৃত্বা লভতে তাত! লোকান্ মৰ্ত্ত্যঃ শ্রেষ্ঠাংস্তপসা বিদ্যয়া বা।
তন্মে পৃষ্টঃ শংস সৰ্ব্বং যথাবৎ শুভান্ লোকান্ যেন গচ্ছেৎ ক্রমেণ ॥২১॥

যযাতিরুবাচ।

তপশ্চ দানঞ্চ শমো দমশ্চ হ্রীরার্জবং সৰ্বভূতানুকম্পা।
স্বর্গস্য লোকস্য বদন্তি সন্তো দ্বারাণি সপ্তৈব মহান্তি পুংসাম্।
নশ্যন্তি মানেন তমোঽভিভূতাঃ পুংসঃ সদৈবেতি বদন্তি সন্তঃ ॥২২॥
অধীয়ানঃ পণ্ডিতং মন্যমানো যো বিদ্যয়া হন্তি যশঃ পরেষাম্।
তস্যান্তবন্তশ্চ ভবন্তি লোকা ন চাস্য তদ্‌ব্রহ্ম ফলং দদাতি ॥২৩॥
চত্বারি কৰ্ম্মাণ্যভয়ঙ্করাণি ভয়ং প্রযচ্ছন্ত্যযথাকৃতানি।
মানাগ্নিহোত্রমুত মানমৌনং মানেনাধীতমুত মানযজ্ঞঃ ॥২৪॥
ন মান্যমানো মুদমাদদীত ন সন্তাপং প্রাপ্নুয়াচ্চাবমানাৎ।
সন্তঃ সতঃ পূজয়ন্তীহ লোকে নাসাধবঃ সাধুবুদ্ধিং লভন্তে ॥২৫॥

---

শাদা মতুংইন্না মখোং মরি পানবা, মখোং অনি পানবা অমদি মখোং তকক পানবনাচিংবা প্রাণীপদার্থ ওইখি। অষ্টক! হংবা ব্রাহং পূম্নমক ঐনা লোইনা খুম্মেদো, হুজিক অমুক করি হংগদৌবা লৈরি হাযবিযু ॥ ২০ ॥

অষ্টকনা হাযখি —ইকায খুম্নফমগী মশক ওইরবা! মী ওইবা হাযবা অসিনা করি থবক তৌত্তনা, করম্বা তপস্যানা নত্রগা করম্বা জ্ঞাননা অমদি বিদ্যানা মথং মথং পুণ্য চেল্লবা লোকপু ফংমবা ভুম্বগে? মাসিনি ঐনা হংজবিলা, মাসি চপচানা শেংনা খুন্বীযু ॥২১॥ যযাতিনা হাযখি —লাইনিংবা, কথোকপা, তপথবা. মশাবু লাকপা, নত্তবা কৰ্ম্ম তৌববগী ইকাযবা খংবা, পুকচেল খোযদবা অমদি থৱাই পানবা পুম্নমক্তা থৌজাল হৈবা হাযবিবা তরেৎ অসে মীওইবনা স্বর্গগী লম্বী চৎপগী মক ওইবা থোংনি; মাসি পুম্নমক সাধু মহাত্মাশিংনা হায়নরিবনি। মাসি খংদত্তনা অজ্ঞানতনা কুপখিন্তনা থোযবা নাপলতনা মশানা মশাবু মাংহল্লে, মাসিসু সাধু মহাত্মশিংনা হায়বনি ॥২২॥ অদুগুম্বা মী মহাক অতুনা বেদ শাস্ত্র পুম্নমকপু তম্নগা—পারগা মশাবু পণ্ডিতনি হায়না খন্দুনা শাস্ত্রার্থনচিংবা বিদ্যাগী প্রভাবনা অতোপ্পাগী মিংচৎপু মাংহল্লিবা মহাক অদুগী স্বর্গ ভোগ অদু মতম কুইদে, অদুগা মহাক্না তমলু খংউরিবা জ্ঞান অদুনা মাডোন্দা অরানবা—খুভমসু পীবা ডমদে ॥২৩॥ কৰ্ম্ম মরি অসিনা * অবানবা খুফম পীনৈ অমদি পোক-শিবগী অকিবা কোক্লহল্লবসু বিধি কাযনা চুমদনা তৌরবদি অফবনি হাযরিবা কৰ্ম্ম মরি অসিনসু অৱাবা অকিবা অদুম্মক মপোকহল্লি। (বিধি নিয়ম কায়না তৌবা কৰ্ম্ম হায়বদি —নাপল তৌত্তনা অগ্নিহোত্র (যজ্ঞ) তৌবা, নাপল তৌত্তনা লেমথোকতুনা মৌনী ওইবা, নাপল তৌত্তনা বেদ তম্বা, অমদি নাপল তৌদ্‌না হায়বদি ঐনা তৌরিদনা হায়তনা যজ্ঞ তৌবা অসিনুনি ॥২৪॥ সাধুশিংনা ইকায খুম্নরবা অমদি থাগৎলবদসু মুক্তি পাম্বা মীনা থোইনা হরাওদে, কক্তবা মীনা চোপহল্লবসু থোইনা

* ভিন্নকাঃ—অগ্নিহোত্র নচিংবা কৰ্ম্ম মরি — যজ্ঞ, দান, তপ, অধ্যয়ণ।

তি দদ্যামিতি যজ ইত্যধীয় ইতি ব্রতম্ । ইত্যেতানি ভয়ান্যাহুস্তানি বর্জ্যানি সর্ব্বশঃ ॥২৬॥

যে চাশ্রয়ং বেদয়ন্তে পুরাণং মনীষিণো মানসমার্গরুদ্ধম্ ।
তন্নিঃশ্রেয়স্তেন সংযোগমেত্য পরাং শান্তিং প্রাপ্নুয়ুঃ প্রেত্য চেহ ॥২৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
সম্ভবে উত্তরযাযাতে অষ্টসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

—(০)—

ব্বাদে। মরমদি হুগৎ অসিদা সাধু মহাত্মা ওইবা মীনা মহৌশানা সাধু মহাত্মা ওইবাশিংগী সম্মান প্রশংসা অদুমক তৌই, সত্তবা মীনা অফবা বুদ্ধি খক ফংবা হৌনদে ॥২৫॥ "অসিনি ঐনা কৎলিবা", "অসিনি ঐনা তৌবিবা যজ্ঞ" "ঐদি বেদ শাস্ত্র অমুক যাম্না তম্লবনি," "ঐনা তৌরিবা ব্রত অমুক য়ায়ে," অসুম হায়না ঐননি হায়না নাপল্গা লোয়ননা তৌখিবা দান, যজ্ঞ, অধ্যয়ণ অমদি ব্রতসিং অদো অব্বাবা অকিবদুম পোকহল্লি, মরম অদুনা গর্ব্বগা লোয়ননা অফ-যত্তা করিগুম্বা থবক অমত্তা তৌবোইদবনি ॥২৬॥

( অন্তুগুম্বা অশিংবা মীশিংনা ধ্যানতনা ফংদোবা, হৌরবযম লৈতবা, অবোইবা নাইদবা, অদুগা অচৎ চত্তা জগৎ পুমনমক্কী তুংনযম অমদি চংজযম ওইবা পরমাত্মাবু কর্ম্ম পুমনমক তৌনা তৌনা ধ্যান তৌরিবা মাখোয অদুগী ধ্যান কৌবা কর্ম্ম অহুতনা খুব্রাইদগী অহেনবা মঙ্গলনি। ) কবিনা হায়ববু মাখোয অহুতনা তৌবিবা ধ্যান অদুগী শক্তিনা পরমাত্মাগা অমত্তা ওইনা তিন্নখিদুনা ইহলোক, পরলোক অনিমক্কা অথোইবা শান্তিবু ফংঙি ।২৭॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারতত্তা শ্রোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদিপর্ব্বদা সম্ভবতা উত্তরযযাতিগী মতাংদা হুম্ফুতবা নিপাল শুবা অধ্যায লোইরে ॥ • ॥

—:(*:—

# শ্রীমহাভারতম্ ।

## আদি পর্ব্ব— সম্ভবে উত্তরযযাতে

( হুম্ফুতরামাপন শুবা অধ্যায়ঃ )

—:(*):—

অষ্টক উবাচ ।

চরন্ গৃহস্থঃ কথমেতি ধর্ম্মান্ কথং ভিক্ষুঃ কথমাচার্য্যকর্ম্মা ।
বানপ্রস্থঃ সৎপথে সন্নিবিষ্টো বহূন্যস্মিন্ সংপ্রতি বেদয়ন্তি ॥১॥

অষ্টকনা হায়খি— ব্রহ্মচারী, গৃহস্থ বাণপ্রস্থ অমদি সন্ন্যাসী মাখোয়শিং অসিনা অফবা লম্বী চত্তুনা মতৌ করমনা ধর্ম্মবু ফংবা ঙম্মগে ? ধর্ম্মগী মরম হাযবা অসিদা মী পুমনমক মাগী মাগী তোংঙাল

যযাতিরুবাচ।

আহূতাধ্যায়ী গুরুকর্ম্মস্বচোদ্যঃ পূর্বোত্থায়ী চরমঞ্চোপশায়ী।
মৃদুর্দান্তো ধৃতিমানপ্রমত্তঃ স্বাধ্যায়শীলঃ সিধ্যতি ব্রহ্মচারী ॥২॥
ধর্ম্মাগতং প্রাপ্য ধনং যজেত দদ্যাৎ সদৈবাতিথীন্ ভোজয়েচ্চ।
অনাদদানশ্চ পরৈরদত্তং সৈষা গৃহস্থোপনিষৎ পুরাণী ॥৩॥
স্ববীর্য্যজীবী বৃজিনান্নিবৃত্তো দাতা পরেভ্যো ন পরোপতাপী।
তাদৃঙ্মুনিঃ সিদ্ধিমুপৈতি মুখ্যাং বসন্নরণ্যে নিয়তাহারচেষ্টঃ ॥৪॥
অশিল্পজীবী গুণবাংশ্চৈব নিত্যং জিতেন্দ্রিয়ঃ সর্ব্বতো বিপ্রযুক্তঃ।
অনোকশায়ী লঘুরল্পপ্রচারশ্চরন্ দেশানেকচরঃ স ভিক্ষুঃ ॥৫॥

---

তোঙালবা মত হায়নৈ ॥১॥ যযাতিনা হায়খি— গুরুনা অধ্যয়ন তৌরবো হায়না হেক কৌবকপদা ব্রহ্মচারী ওইবা শিষ্যনা চংশিন্দুনা তমগদৌবনি, গুরুগী থবক তৌগদৌবনি, গুরুনা হৌগত্রিবৈদা হৌগৎকদৌবনি, গুরুনা তুমখ্রবা মতুংদা তুমগদৌবনি, ঙাংথোরকপা তৌথোরকপা হিবম পূমনমক্তা অথোৎপা অতপ্পা মওং উৎকদৌবনি, ইন্দ্রিয় পূমনমক মথা পোন্না থমগদৌবনি, থবক পুম্বদা চেকশিন্না তহা তহাদনা তৌগদৌবনি অদুগা মক ওইবা থবক্কী অধ্যয়ণতনা ওইগদৌবনি, অসুম তৌবরভদা ব্রহ্মচারী অমনা মানা তৌরিবা ধর্ম্মদা * সিদ্ধি ফংবা ঙমই ॥২॥ গৃহস্থ ধর্ম্ম চৎপা মীনা ধর্ম্ম কাযদনা শেংনা তানশিনবা লন্না যজ্ঞ তৌগনি অমদি দান তৌগদৌবনি, মতম লৈবাখিবিক্তা অতিথি সেবা তৌগদৌবনি, অদুগা অতোপপা অমনা মশানা য়ান' মপুকনিংনা খংনা পীদবা পোৎ অমতা লৌবোইদবনি, হায়রিবাসি গৃহস্থ ধর্ম্মগী মরিদা মুনিশিংগী কুইরবা প্রমান বাক্যনি ॥৩॥ বাণপ্রস্থদা লৈবা মীনা মশামক্না চত্নুনা থিরবা উহৈ-ব্রাহৈনা মাগী জীবিকা ওইগদৌবনি, পাপ চংবা থবক পুমনমক্তগী হন্দোক্কদৌবনি, মাগী মী নত্তবা অতৈদা চংবা থবক পূমনমক্তগী হন্দোক্কদৌবনি, মাগী মী নত্তবা অতৈদা দান তৌগদৌবনি, অদুগা দান তৌবা মতমদা অমগী পুক্লিংদা নুংঙাইতবা অব্বাবা পোকহল্লোইদবনি, অদুগা তুমবা হিপপা চাবা-থকপা পুম্বদা অবক্লবা মফম মতমদা চাং নাইনা অথোই অহেন নাইদনা লৈগদৌবনি; অসিগুম্বা বাণপ্রস্থদা লৈবা বনবাসী মুনিতনা হায়রিবা ধর্ম্ম অসিদা সিদ্ধ ওইবা ঙম্মি ॥৪॥ ভিক্ষু অমদি সন্ন্যাসীনা কবিগুম্বা মথুৎ-মশা হৈবগী থবক্লা মাগী জীবিকা ওইরোইদবনি, দযানাচিংবা গুণনা মাগী লৈতেং ওইগদৌবনি, মতমলৈবখিবক্তা ইন্দ্রিয় থুহ্ম চনগদৌবনি, করিগুম্বা মতমদসু বিষয় ভোগ অমদি মাতুগী ব্রাখল ফাওবা তৌরোইদবনি করিগুম্বা যুম অমগী মঙ্গংদা তুম্বা হিপা যাদে,

---

* টিকাঃ— 'ধৃ' ধাতুদা উনাদি মনিন্ প্রত্যয় তৌরগা ধর্ম্ম হায়বা শব্দ অসিগী উৎপত্তি ওইথি। প্রত্যয় অসিনা করণ অমদি আধারগী অর্থ পী। ধৃধাতুগী অর্থদি পায়বা, পুবা হোনবা অসিনচিংবা খংনৈ। অদুনদি ধাতুগা প্রত্যয়গা অনি অসিনা তিন্নহুনা থোকপা অর্থদি অদুগম্বা থুংলায়না নত্রগা অদুগম্বা আধারদা করিগুম্বা পোৎ অমানা হৌরকপদগী লোইবা ফাওবদা ইচুম চুন্না অতোপ্পা অমগা য়ান্নদনা লৈবা য়াবা থুংলাই অদো ধর্ম্মনি। প্রমান অমদা হায়রগা ঈশিং হায়বা পোৎ অসিনা মহাক্না হেক পোকপদগী লোয়নবকপা রস (মহাউ) হায়বা গুণ অদো চংশু চংশুবা মায়কৈদা মাসিমক্না থুংলাই ওইত্তনা অমনা অমনা য়ান্নবরা থুগাইরবা ইয়া য়াদনা মহাউ অদু পুতুনা অতুম চংথি, হায়রিবা ঈশিং অসিনা হৈদা-লৈদা করিগুম্বা মক্কম অমদা চংথিবা মতমদা মানা পুগদবা মহাউ হায়রা পোৎ অদুদা

রাত্র্যা যয়া বাভিজিতাশ্চ লোকা ভবন্তি কামাভিজিতাঃ সুখাশ্চ।
তামেব রাত্রিং প্রযতেত বিদ্বান্ অরণ্যসংস্থো ভবিতুং যতাত্মা ॥৬॥
দশৈব পূর্বান্ দশ চাপরাংশ্চ জ্ঞাতীনথাত্মানমথৈকবিংশম্।
অরণ্যবাসী সুকৃতে দধাতি বিমুচ্যারণ্যে স্বশরীরধাতুন্ ॥৭॥

অষ্টক উবাচ।

কতি স্বিদেব মুনয়ঃ কতি মৌনানি চাপ্যুত। ভবন্তীতি তদাচক্ষ্ব শ্রোতুমিচ্ছামহে বয়ম্ ॥৮॥

যযাতিরুবাচ।

অরণ্যে বসতো যস্য গ্রামো ভবতি পৃষ্ঠতঃ। গ্রামে বা বসতোঽরণ্যং স মুনিঃ স্যাজ্জনাধিপ। ॥৯॥

অষ্টক উবাচ।

কথং স্বিদ্বসতোঽরণ্যে গ্রামো ভবতি পৃষ্ঠতঃ। গ্রামে বা বসতোঽরণ্যং কথং ভবতি পৃষ্ঠতঃ ॥১০॥

যযাতিরুবাচ।

ন গ্রাম্যমুপযুঞ্জীত য আরণ্যো মুনির্ভবেৎ। তথাস্য বসতোঽরণ্যে গ্রামো ভবতি পৃষ্ঠতঃ ॥১১॥

---

ফিজোন অযাম্বা থোমজিন্দনা তযাং-তযাং লৈগদৌবনি, অনিশুবা অমা যাওদনা মথন্তা চৎকদৌবনি, অদুগা য়াবিবামখৈ মুমিৎ খুদিং খব-খবতা চৎকদৌবনি ॥৫॥ গৃহস্থ আশ্রমদা লৈবা মীনা অদুগুম্বা অহিংদা ইন্দ্রিয় মুংঙায়বদা পুকনিং চংহনা কাম ভোগনচিংবগী মুংঙায়বা ফংলিবা অহিং অদুদা বাণ-প্রস্থদা লৈবা মীনা ইন্দ্রিয় খুহুম চন্দুনা তত্বজ্ঞান ফংনবা লাকনগদৌবনি ॥৬॥ অমুম্না বাণপ্রস্থবু ওইবা ওয়বদি মহাকনা বনগী মনুংদা ইহলোককী হকচাং থাদোক্না চৎপ্গা মপাদগী হৌনা পূর্ব্ব পুরুষ তবা, মচাদগী হৌনা ওইবরুদৌবা পুরুষ তবা, মশাগা থানা পুরুষ কুনমাথোই অসে খাইগা মান্নদনা থোইদোক হেন্দোকনা ধর্ম্ম চেনবা ওই ॥৭॥

অষ্টকনা হংখি—মুনি হাযবসি মথল কযা শুই, মখোযনা তৌরিবা মৌনব্রত হাযবা অসিনা মথল কযানো ? অসি পুন্নমক তাজনিংঙি হায়বিযু ॥৮॥ যযাতিনা হাযখি—অষ্টক। গ্রামবু তুং ওইমনা থমজুনা মীবক্তুগী বনদা তোংঙান্না লৈখ্রিবা অদুসু মুনি মথল অমনি ; অদুগা গ্রামদা লৈরবসু বননা মহাককী তুংওইননা লৈহৌবা অদুনা অনিশুবা মথলগী মুনিনি ॥৯॥ অষ্টকনা হংখি—বনবাসী অদুগী তুং ওইনা গ্রামনা লৈহৌবা অদুগা মুনি অমনা গ্রামবাসী ওইরগা বন অদুনা তুংওইননা লৈহৌবা হাযবা অসিগী থাক্লেংবা অর্থ করিনো ? অদুগা করি মবম লৈবদগী অমুম তৌরিবনো ? ॥১০॥ যযাতিনা

---

টীকাঃ—পদুনা চৎখি। মহাকনা করিগুম্বদা রূপ, স্পর্শ, গন্ধ, শব্দনা চিংবা ক্ষমতা পুগ চায়দ। ঈশিংনা হৌরকপসু, লৈবদসু, মাংখিবদসু মহাউদগী হেন্না অমা পুবক্ত, পুদ, অমদি পুখিদ। মাসিনি ঈশিংগী লেজ্রবা স্বভাবতি। মতৌ অসুম্না জীব অসিনা হকচাংদা হক চংলকপদগী হকচাং অসিবু থাদোক্না চৎখিদ্রিবা মাওবা অসিগী মনুংদা লেংদনা থম্লিবা স্বভাব অদো জীবগী ধর্ম্মনি। ধর্ম্ম অদুবু লেংদনা থমনবা হোৎনরিবা তৌরিবা কর্ম্ম অদুসু ধর্ম্মনি। লোকতা চৎনরিবা বৈষ্ণব ধর্ম্ম, শাক্তধর্ম্ম, জৈন ধর্ম্ম, খ্রীষ্টীয়ান ধর্ম্ম নাচিংবদা শিজিন্নরিবা ধর্ম্ম হায়বা অসিসু অদুমত্তায়। মানা মানা ফংনিংবা পোৎশক অদু সংননবা চাগদবা, থক্কদবা, শেৎকদবা, ঙাংগদবা থনগদবা, পায়গদবা অদুদি অসিমকনি অমদি অচুম্বামকনি হায়বদো মাগী মাগী মফমদা ধর্ম্ম অদুমক ওইনরি। মীনখা বা ঙাংবা হায়বসি জীবগী ধর্ম্ম নত্তে মরমদি জীব অসিনা পোক্লকপদগী য়াউরকপা পোৎশক অমা নত্তে। জীব ঐনা মগী হকচাংদা চংলকইবসি ইচুম চুমনা চংলকইবনি, লান্না চংবা নত্তে।

অনগ্নিরনিকেতশ্চাপ্যগোত্রচরণো মুনিঃ। কৌপীনাচ্ছাদনং যাবত্তাবদিচ্ছেচ্চ চীবরম্ ॥১২॥
যাবৎ প্রাণাভিসন্ধানং তাবদিচ্ছেচ্চ ভোজনম্। তথাঽস্য বসতো গ্রামেঽরণ্যং ভবতি পৃষ্ঠতঃ ॥১৩॥
যস্তু কামান্ পরিত্যজ্য ত্যক্তকর্ম্মা জিতেন্দ্রিয়ঃ। আতিষ্ঠেচ্চ মুনির্মৌনং স লোকে সিদ্ধিমাপ্নুয়াৎ ॥১৪॥
ধৌতদন্তং কৃত্তনখং সদা স্নাতমলঙ্কৃতম্। অসিতঃ সিতকর্ম্মাণং কস্তমর্হতি নার্চিতুম্ ॥১৫॥
তপসা কর্শিতঃ ক্ষামঃ ক্ষীণমাংসাস্থিশোণিতঃ। স চ লোকমিমং জিত্বা লোকং বিজয়তে পরম্ ॥১৬॥

---

হাযখি—বনবাসী মুনি ওইববা মীদো খুন্দা চংলক্তুনা খুলক্কী উহৈ-ৱাহৈ চাববা য়াদে। অসি-গুম্বা ৱাখন্দা বনদা লৈরবদি বনবু তুংওইননা থনম্বা হাযবত্ত থোক্লে ॥১১॥ অদুগা অগ্নিহোত্রীস্নু নত্তবা, যুমস্নু পানদবা, মাগী বংশ অমদি করম্বা বেদগী শাখাদা লৈরিবনো হাযবস্নু তাকতুনা মশাগী পরিচয় পিদবা, মল্লবা ফিগী কৌপীননা শেৎপা থুংবা শকুক অদুতা শেত্তুনা, হিংনবদা চাগদোবা শক্‌ক অত্ততা চাহ্নুনা খুলক্তা লৈবিবা মীদুস্নু বনবু তুং ওইননা হুন্দোক্লবা মী হাযবদু ওইরবনি ॥১২—১৩॥ বিষয ভোগ পুম্নমককী ৱাখল অমদি নিত্য-নৈমিত্তিক-কাম্য কৌবা কর্ম্ম অহুম অসিবু থাদোক-তুনা ইন্দ্রিযশিংবু লাকশিন্দুনা যাবিবামখৈ ঙাংবা-শকপা তৌদনা মৌনগী অবস্থাদা লৈরিবা মী মহাক অদো লোক অসিদা মী ওইবা মপোক্কী মহৈ যালবা ফংবা ঙম্মি ॥১৪॥

মচিল মখা তকু তকুনা শেংদোক্তুনা মতম অযাম্বদা কোই শমনাচিংবা কোক্তুনা প্রাত স্নন তৌরগা তকুতকুবা ফিরোন শেত্তুনা লৈবিবা অমদি কুচু কুমেল মুববস্নু অশেংবা ৱাখন্তনা মপুক্লিং তকু তকুনা লৈরিবা মী অহ্নগী সেবাবু কনানা তৌরোইদগে অমস্নুং তৌনিংঙোযদগে ? ॥১৫॥ তপস্যা তৌবতনা লু-তোং শক্ক মতোং, ঈ, অসি পুমনমক কংশিনখিহ্ননা মযাং কংখ্রবা শোল্লবা মী অহ্ননা ইহলোকপুস্নু

---

টীকাঃ—অহুনা চংউরিবা আধারসিগী মতুংইন্না শজিক চারুনি, কৃষি কর্ম্ম য়াওকনি, শগোল অমদি শামুগী স্বভাব লৌক্ল-বোই, অস্নুম হায়হ্ননা জীব পুম্নমক ইচুম চুম্না লাকপা ঙাক্তনি, মাসি জীবগী মীনমদবা হায়বা ধর্ম্ম অহুনি, অসি নত্তবা ধর্ম্ম অতৈ য়াম্না লৈ। মরম অহুনা ধর্ম্মগী অব্যাপ্তি অতিব্যাপ্তিনা চিংবা দোষ লৈতবা লক্ষণ হায়ববু অচুম্বা অমাবু ফংননসা হোৎনরিবা থবক অহুগী অচুম্বা খুৎলাই অদো মক্রমবু ওইরবস্নু মতমবু ওইববস্নু ধর্ম্ম কৌই। ঈশিংস্নু অচুম্বনি, শঙ্গোমস্নু অচুম্বনি। অহুবু ইচুম চুম্বা ঈশিং অহুনা ইচুম চুম্বা শঙ্গোম অহুদা চৈজিনথ্রবদি শঙ্গোম অহুগী নম্নুংদা ঈশিংগী শকুক অহুনা ইচুম চুমনা ঈশিং ওইহ্ননা অহুমক লৈদি হায়ববু শঙ্গোম অদো মাগী মহাউদা মনমদা অমদি পরিমান পীবদা ধর্ম্ম কাম্নে। ধর্ম্ম কাম্নবনিনা মনম মহাও ৱাৎলবা মাবু মীনা পামদে থকনিংদে। মরম আসনা সত্য অমগা সত্য অমগা তিম্নরবস্নু অনিগী মন্নুংদা সত্য অমনা অসত্য ওইবা তাক্লরুবদা মাহু খুদক্তা অধর্ম্মগী মশক লৌরকই। মরম অহুনা অমগা অমগা ম্যানশিম্নতনা চুম্না হৌরকপদগী পরিং অমতদা লাক্লিবসে: ধর্ম্মনি। মরম অহুনা ধর্ম্ম পুম্নমক্কী মশিং থিরকপা মতমদা মুনিশিংনা সত্যবু কাম্না শিংথানৈ। ঐগী মততা মাসিনা অচুম্বনি, মাসি চৎলু, অস্নুম হায়না প্রচার তৌরম্লিবা অহুস্নু ধর্ম্ম প্রচার অমনি। অহুগা সত্যাশিং অসিগী মন্নুংদা থম্বাইদগী সত্য ওইবা পোৎশক্তি করিনো অস্নুম হায়বদা ব্রহ্মবাদীশিংগী ধর্ম্মদা সত্যংব্রহ্ম জগন্মিথ্যা হায়হ্ননা হৌরিবা অসিনি। শম্না হায়মবদা অচুম্বা থিবগী খুৎলাইবু ধর্ম্ম কৌই ॥

যদা ভবতি নির্দ্বন্দ্বো মুনির্মৌনং সমাশ্রিতঃ। অথ লোকমিমং জিত্বা লোকং বিজয়তে পরম্ ॥১৭॥

আস্তেন তু যদাহারং গোবন্মৃগয়তে মুনিঃ। অথাস্য লোকঃ সর্বোঽয়ং সোঽমৃতত্বায় কল্পতে ॥১৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

সম্ভবে উত্তরযযাতে ঊনাশীতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

——০ঃ০——

জয় তৌকই ॥১৬॥ মৌনব্রত তৌরিবা মুনি অহনা অৱা-সুংঙাযবনচিংবা অনি থোকপগী ৱাখলবু খাংহনা নক্কাৎতুনা লৈবা ঙস্বা মী মহাক অদুনা ইহলোক অনিবু জয় তৌবা ঙম্মি ॥ ১৭ ॥ গ্রামবাসী ওইরগা বন অদুনা তুং 'ওইননা লৈহৌবা হাযবা অসিগী হাযরিবা মুনি অসিনা যণগী মতৌগুম্না মচিন্না অফং-অফংবা অহৌতা চাদুনা লৈবা ঙম্বা মতম অদুদা জগৎ পুম্নমক অসিদা লৈরিবা পোৎ পুম্নমক ইলাই লাযনা ফংবা ঙম্মি; অমুক করি হাযরুনি ॥১৮॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারততা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীবেদব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদি পর্ব্বদা, সম্ভবতা উত্তর যযাতিগী মতাংদা হুম্ফুতরামাপল শুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

——:*:——

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব— সম্ভবে উত্তরযযাতসমাপ্তির্নাম

(মরিফু শুবা অধ্যায়)।

——(০)——

অষ্টক উবাচ।

কতরস্ত্বেতয়োঃ পূর্বং দেবানামেতি সাত্মতাম্। উভয়োর্ধাবতো রাজন্! সূর্য্যাচন্দ্রমসোরিব ॥১॥

যযাতিরুবাচ।

অনিকেতো গৃহস্থেষু কামবৃত্তেষু সংযতঃ। গ্রাম এব বসন্ ভিক্ষুস্তয়োঃ পূর্বতরং গতঃ ॥২॥

অপ্রাপ্য দীর্ঘমায়ুস্তু যঃ প্রাপ্তো বিকৃতিং চরেৎ। তপ্যেত যদি তৎ কৃত্বা চরেৎ সোঽন্যত্তপস্ততঃ ॥৩॥

অষ্টকনা হংখি — মহারাজ! মুমিৎ-থাগী মতৌগুম তেঞ্জ লৈববা, মুক্তি ফংগে হায়বগীদমক্তা ইন্দ্রিয় সংযমনচিংবনা কন্না তোৎনরিবা মথক্তা হায়খিৱবা মুনি মথল অনি অদুগী মনুংদা করম্বনা হান্না সিদ্ধি ফংবগে? ॥১॥ যযাতিনা খুম্মি — অদুগুম্বা মুনি অদুনা গ্রামদা, মীরক্তা লৈহনা বিষয় ভোগতা পুক্নিং চংলিবা গৃহস্থশিং অদুগী মরক্তা লৈন লৈনা য়ুমগী ৱাখল থাদোক্তুনা মুমিৎ চুপ্না ভগবানগী ধ্যানদা পুক্নিং চংদুনা লৈরিবা মুনি অদুনা অনিমক্তি মধুংদা হান্না সিদ্ধি ফংবা ঙম্মি। ॥২॥ অদুগা, অগুম্বা মুনি অদুনা য়াম্না কুইনা পুন্সিচনমু সিদ্ধি ফংবা ঙমদদুনা, মরক্তা মপুক্নিংদা

পাপানাং কর্ম্মণাং নিত্যং বিভীয়াদ্যস্তু মানবঃ । সুখমপ্যাচরন্নিত্যং সোঽত্যন্তং সুখমেধতে ॥৪॥

তদ্বৈ নৃশংসং তদসত্যমাহুর্যঃ সেবতে ধর্ম্মমনর্থবুদ্ধিঃ ।

অস্বোঽপ্যনীশশ্চ তথৈব রাজন্ ! তদার্জবং স সমাধিস্তদার্য্যাম্ ॥৫॥

অষ্টক উবাচ ।

কেনাসি দূতঃ প্রহিতোঽসি রাজন্ ! যুবা স্রগ্বী দর্শনীয়ঃ সুবর্চ্চাঃ ।

কুত আয়াতঃ কতরস্যাং দিশি ত্বমুতাহোস্বিৎ পার্থিবং স্থানমস্তি ॥৬॥

যযাতিরুবাচ ।

ইমং ভৌমং নরকং ক্ষীণপুণ্যঃ প্রবেষ্টুমুর্বীং গগনাদ্বিপ্রহীণঃ ।

উক্ত্বাহং বঃ প্রপতিষ্যাম্যনন্তরং ত্বরন্তি মাং লোকপা ব্রহ্মণো যে ॥৭॥

সতাং সকাশে তু বৃতঃ প্রপাতস্তে সঙ্গতা গুণবন্তশ্চ সর্ব্বে ।

শক্রাচ্চ লব্ধ হি বরো ময়ৈষ পতিষ্যতা ভূমিতলং নরেন্দ্র ! ॥৮॥

---

বিকাৰ লাক্লূনা মপূৰচেল হোংলব্ৰবা অমদি মাহুগীদমক্তা ভুংদা অমুক নিংঙম্লক্ত্ৰবা অদু ওইরবদি মহাক অদো মশাগী বিকাৰগী দোষ অদুগী প্রায়শ্চিত তৌগদৌবনি ॥৩॥ অদুগা অদুগুম্বা মুনি অদুনা মতম লৈবা খিবিক্তা ভগবানগী মবমদা খন্দুনা অমদি নৈনবদা পূক্লিং চংদুনা লৈরিবা, অদুগা মতম লৈবা খিবিক্তা পাপকী কর্ম্মবু কিদুনা লৈবিবা মহাক অদো থুনা মুক্তিবু ফংবা ঙম্মি ॥৪॥ ধর্ম্মদা ব্ৰাখল থমদ্রবা অদুগা মাগী মাগী কানবগী ব্ৰাখল খন্দ্রবা, ইন্দ্রিয়শিংবু লাকপা ঙমদ্রবা, অদুগা মানা তৌকবিবা ধর্ম্ম অদু মহে চাদে হায়দুনা অরেম্বনি হায়না খল্লকলবা, মহাক অদুনা তৌবা শারিবা ধর্ম্মগী আচরণ অদুদি থব্রাই হকচাং ব্রাননবতা ওই অদুগা মিথ্যা ওইবা ধর্ম্মগী আচরণ হায়বা অদসু থোকই। অদুগা মথক্তা হায়খিবা মুনিশিং অসিগুম্না লৈদ্রনা তৌরিবা ধর্ম্ম অদুদি মীনম্বা যাওদ্রবা অমদি শাস্ত্রগী নিয়ম কায়দনা তৌরিবা ধর্ম্ম হায়বা অদুনি, অদুগুম্বা ধর্ম্ম মতৌদনা সাধুমহাত্মাশিংগী মতিক চাবা ধর্ম্মগী আচরণনি ॥৫॥ অষ্টকনা হায়খি— মহারাজ ! পাখং ওইরবা, নিংথিবা মালানচিংবনা লৈতেংলবা, নশক নতৌ ফজবৰা নহাকপু কনানা কৌব্রগে ? কনানা থারকপগে ? অদুগা অহানবদনা কদায়দগী লাকপা ? হৌজিকনা অমুক কদোমদা চৎপিগদৌরিবা ? নত্রগা পৃথিবী অসিদা লাক্লূনা অসুম লৈবিখিগদৌরিবরা ? ॥৬॥ যযাতিনা হায়খি— ঐগী পুণ্য পুম্নমক লোইখ্রে ; মরম অদুনা স্বর্গদা লৈবা য়াদদুনা কুমথরকইবা অসিনি ; হৌজিকসু মযাম পুম্নমক্তা হায়গদৌবা খরসি হায়রগা নরককা চপমান্নরবা মর্ত্ত্যলোকতা ঐ তাখ্রগদৌবনি। মরমদি ব্রহ্মলোকপু ঙাক্লিবা পুরুষশিং অদুনা ঐবু থুনা মর্ত্ত্যলোকতা চৎখিনবা তকশিলখি ॥৭॥ নিংথৌ ! হেক তারকপা মতমদা ইন্দ্রদা ঐনা অসুম হায়না হায়জখি— করিগুম্বা তাবা তারবদি সাধু মহাত্মা ওইবাশিংগী মরক্তা তাজরুগে, ঐনা অসুম হায়রবদা ইন্দ্রনসু যরে অসুম হায়না বর পীবিখি ; মরম অদুনা ময়াম পুম্নমকপু ঐনা মফম অসিদা ফংজরিবাসিনি. নখোয় পুম্নমক সাধু মহাত্মা. ঙাক্লনি ॥৮॥

অষ্টক উবাচ।

পৃচ্ছামি ত্বাং মা প্রপত প্রপাতং যদি লোকাঃ পার্থিব ! সন্তি মেহত্র।
যদ্যন্তরিক্ষে যদি বা দিবি স্থিতাঃ ক্ষেত্রজ্ঞং ত্বাং তস্য ধর্ম্মস্য মন্যে ।।৯।।

যযাতিরুবাচ।

যাবৎ পৃথিব্যাং বিহিতং গবাশ্বং সহারণ্যৈঃ পশুভিঃ পার্বতৈশ্চ।
তাবল্লোকা দিবি তে সংস্থিতা বৈ তথা বিজানীহি নরেন্দ্রসিংহ ! ॥১০॥

অষ্টক উবাচ।

তাংস্তে দদামি মা প্রপত প্রপাতং যে মে লোকা দিবি রাজেন্দ্র ! সন্তি।
যদ্যন্তরিক্ষে যদি বা দিবি শ্রিতাস্তানাক্রম ক্ষিপ্রমপেতমোহঃ ॥১১॥

যযাতিরুবাচ।

নাস্মদ্বিধো ব্রাহ্মণো ব্রহ্মবিচ্চ প্রতিগ্রহে বর্ত্তেত রাজমুখ্য !
যথা প্রদেয়ং সততং দ্বিজেভ্যস্তথাঽদদং পূর্বমহং নরেন্দ্র ! ।।১২।।
নাব্রাহ্মণঃ কৃপণো জাতু জীবেদ্ যা চাপি স্যাদব্রাহ্মণী বীর ! পত্নী।
সোঽহং নৈবাকৃতপূর্বং চরেয়ং বিধিৎসমানঃ কিমু তত্র সাধু ।।১৩।।

---

অষ্টকনা হাযখি— মহারাজ। অতিযাদা, অমদি স্বর্গদা নত্রগা পৃথিবীদা ঐগী কবিশুম্বা পুণ্যলোক অমা লৈবম্নবদি লোক অত্তদা লৈবদা মতিক চাবনি হাযনা ঐনা মহাবাজবু খঙ্লে। মবম অতুনা হাযজ রিবা অসিনি— মর্ত্ত্যলোকতা অমুক কুম্বীথ্রগনু ॥ ৯ ॥ যযাতিনা হাযখি— মহারাজ ! বন অমদি চীংগী শা উচেকশিংগা লোযননা পৃথিবীদা লৈবিবা যগ, শগোলনচিংবা বিধাতানা শেমলিবা অম্বুক, স্বর্গদা মহাবাজগীস্ম, পুণ্য অহক লৈবিবনি, মাসি মুন্না খংবিগদৌবনি ॥১০॥ অষ্টকনা হায়খি— মহারাজ। স্বর্গদা ঐগী হেক লৈরিবা পুণ্য অদো ঐনা মহাবাজদা পিথোকচববনি, মহাবাজ অমুক পৃথিবীদা কুমবিথ্রগনু। আকাশদা নত্রগা স্বর্গদা ঐগী কবিশুম্বা পুণ্যলোক লৈবম্বা থোক্লবদি অব্বাবা মুংভাইতবা পুন্নমক থাদোক্তুনা, মফম অদু তান্না থুনায়াংনা চত্তুনা পুণ্যলোকশিং অতুদা লৈবিরু ॥১১॥ যযাতিনা হাযখি— মহারাজ। ব্রহ্ম খংবা ব্রাহ্মণশিংনা, দানগী মমল, হায়বদি প্রতিদান, মুন্না ব্বাখল তৌরগা লৌনৈ অহবু ঐগুম্বা ক্ষত্রিযশিংনদি অদু লৌনদে। অদুগা হে নিংথৌ অথোইবা। শাস্ত্রগী মতুংইন্না তৌগদবা দান পুন্নমক মমাংগৈদা ব্রাহ্মণশিংদা, হৌনবি মতুং ইন্না তৌখ্রবনি, অহবু ঐদি প্রতিদান অমতা লৌজখিদে ॥ ১২ ॥ হে অকনবা। ক্ষত্রিয়নচিংবা জাতিনা অমদি মখোয়গী মুপীশিংনা অতোপ্পা শিংদগী প্রতিদান লৌতুনা য়াম্বা তোম্না পুন্সি খক লেম্নদে, অহগা লেনস্নু লেনলোয়দবনি। ঐস্ন মমাং ইংদা কনাগুম্বগী মফমদগী প্রতিগ্রহ তৌখিদে; মরম অহনা হৌজিক পৃথিবীদা চংখিদনা অফবা থবক তৌরুবগে হায়না খল্লে, অসিগুম্বা মতমদা ঐনা অমুক প্রতিদান লৌরুত্তনা কৈদৌনি? ॥ ১৩ ॥

প্রতর্দ্দন উবাচ।

পৃচ্ছামি ত্বাং স্পৃহণীযরূপ! প্রতর্দ্দনোঽহং যদি মে সন্তি লোকাঃ।
যদ্যন্তরিক্ষে যদি বা দিবি শ্রিতাঃ ক্ষেত্রজ্ঞং ত্বাং তস্য ধর্ম্মস্য মন্যে ॥ ৪॥

যযাতিরুবাচ।

সন্তি লোকা বহবস্তে নরেন্দ্র! অপ্যেকৈকং সপ্ত সপ্তাপ্যহানি।
মধুচ্যুতো ঘৃতপৃক্তা বিশোকাস্তে নান্তবন্তঃ প্রতিপালয়ন্তি ॥১৫॥

প্রতর্দ্দন উবাচ।

তাংস্তে দদানি মা প্রপত প্রপাতং যে মে লোকাস্তব তে বৈ ভবন্তু।
যদ্যন্তরিক্ষে যদি বা দিবি শ্রিতাস্তানাক্রম ক্ষিপ্রমপেতমোহঃ ॥১৬॥

যযাতিরুবাচ।

ন তুল্যতেজাঃ সুকৃতং কাময়েত যোগক্ষেমং পার্থিব! পার্থিবঃ সন্।
দৈবাদেশাদাপদং প্রাপ্য বিদ্বাংশ্চরেন্ন নৃশংসং নহি জাতু রাজা ॥১৭॥
ধর্ম্ম্যং মার্গং যতমানো যশস্যং কুর্য্যান্নৃপো ধর্ম্মমবেক্ষমাণঃ।
ন মদ্বিধো ধর্ম্মবুদ্ধিঃ প্রজানন কুর্য্যাদেবং কৃপণং মাং যথাত্থ ॥১৮॥

---

প্রতর্দ্দননা হায়খি— হে থোইদোকনা নিংথিজরবা ? ঐনা নংবু কৌজরি, ঐগী মিং প্রতর্দ্দন কৌই। ঐনা হায়জবিবা অসিনি, স্বর্গদা নত্রগা আকাশদা, ঐগী করিগুম্বা পুণ্যলোক লৈবম্বা থোক্লবদি, মফম অদুদা লৈবগী মহারাজগী অধিকার লৈবে হায়বসি খঙ্জবে ॥ ১৪ ॥ যযাতিনা হায়খি— নিংথৌ! নহাক্কী পুণ্যস্থানশিং অসিদি অসুক্কী মতিক যামগে, মাখোয়শিং অসিদা সুমিৎ তরেৎ তরেৎনিদা লৈরবসু লোইবা ংম্বা নাইবোইদৌরি; সুংঙাযনযম ওইববা, তেজ য়েন্দংহন্নবগী মশক ওইরবা, অমদি অৱাবা খুদোংথিবা লৈত্রবা, পুণ্যস্থানশিং অসিনা মহারাজবু ঙাইতুনা লৈবিয়ে ॥১৫॥ প্রতর্দ্দননা হায়খি — মহারাজ! ঐগী হেক লৈবিবা পুণ্যস্থান পুম্নমক অদো মহারাজদা পীথোকচবনি, পুম্নমক অদো মহারাজগী ওইবিয়ু। অকাশদা নত্রগা স্বর্গদা লৈবিবা পুণ্যস্থান পুম্নমক অদো, অৱাবা সুংঙাইতবা পুম্নমক থাদেক্তুনা থুনা গাংনা চৎতুনা মফম পুম্নমক অদো মহারাজগী আধিকারদা থমবিক ॥ ১৬ ॥ যযাতিনা হায়খি— মহারাজ! মতিক মগুণ চপমান্নবা নিংথৌ অমনা নিংথৌ অমদগী পুণ্যনা যংলবপা দনথুম পুম্নমকপু খক লৌনিংদে; অমুক কবি হায়কনি, জ্ঞান লৈবা নিংথৌনা মরাইবকথিদুনা অৱাবা তারবসু অসিগুম্বা অচোপ্পা থবক অসি খক তৌনদে ॥ ১৭ ॥ নিংথৌনা ধর্ম্মগী মাইবৈদা দৃষ্টি থমদুনা চেকশিন্না ধর্ম্মগী সঙ্গত ওইবা, মিংচৎ চাউনবা ওইবা, যাগ-যজ্ঞনচিংবা পুম্নমক শাস্ত্রগী মতুং ইন্না তৌগদৌবনি। অসিবু তাদুনা খংদুনা ধর্ম্ম খংলবা, ঐগুম্বা নিংথৌ অমনা, মহারাজনা ঐঙোন্দা হায়বিরিবা অদুগুম্বা থবক অদো খক তৌরোই, তৌবসু ঙমলোই ॥ ১৮ ॥ অতোপ্পা ক্ষত্রিয় অমনা তৌনদবা থবক অদুবু ঐনা করমনা

কুর্য্যাদপূর্বং ন কৃতং যদন্যৈর্বিধিৎসমানঃ কিমু তত্রসাধু ।

ব্রুবাণমেবং নৃপতিং যযাতিং নৃপোত্তমো বসুমানব্রবীত্তম্ ॥১৯॥

বসুমানুবাচ ।

পৃচ্ছামি ত্বাং বসুমানৌষদশ্বির্যদ্যস্তি লোকো দিবি মে নরেন্দ্র ॥

যদন্তরিক্ষে প্রথিতো মহাত্মন্। ক্ষেত্রজ্ঞং ত্বাং তস্য ধর্ম্মস্য মন্যে ॥২০॥

যযাতিরুবাচ ।

যদন্তরিক্ষং পৃথিবী দিশশ্চ যত্তেজসা তপতে ভানুমাংশ্চ।

লোকাস্তাবন্তো দিবি সংস্থিতা বৈ তে নান্তবন্তঃ প্রতিপালয়ন্তি ॥২১॥

বসুমানুবাচ ।

তাংস্তে দদানি মা প্রপত প্রপাতং যে মে লোকাস্তব তে বৈ ভবন্তু ।

ক্রীণীষ্বৈতাংস্তৃণকেনাপি রাজন্! প্রতিগ্রহস্তে যদি ধীমন্! প্রদুষ্টঃ ॥২২॥

যযাতিরুবাচ ।

ন মিথ্যাহং বিক্রয়ং বৈ স্মরামি বৃথা গৃহীতং শিশুকাচ্ছঙ্কমানঃ।

কুর্য্যাং ন চৈবাকৃতপূর্ব্বমন্যৈর্বিধিৎসমানঃ কিমু তত্র সাধু ॥২৩॥

---

তৌগনি; করিনা হায়বদু ঐ অমুক মতৌলোবতা চৎতুনা দান, যজনেচিংবা সৎ কার্য্য পুমনমক তৌরুখিগে হায়না খল্লি পামস্তু পামজাব। নিংথৌ যযাতিনা স্থম হায়বদা, নিংথৌ অথোইবসু মাম্না অহুম হায়খি— মহারাজ। ঐ অসি, উষদশ্বগী মচানি, ঐগী মিং বসুমান কৌই, ঐনা মহা রাজগী মফমদা হায়জরিবদি— পুবচেল চাউবা। স্বর্গ নত্রগা অন্তরিক্ষ মণ্ডল অসিদা ঐগী হেক লৈরিবা পুণ্যগী স্থান অদো লৌনবগী মহারাজদা অহিবাব হৈরনি অদুম হায়না খল্লি ॥ ১৯-২০॥ যযাতিনা হায়খি— আকাশনা, পৃথিবী অসিনা, অমুক কবি হায়কনি শুমিৎ অসিনা, মশাগী তেজনা, শিলথুংনা লৈরিবা অমদি ভালহল্লিবা, মঘম যাম্না অদুক মহারাজগী অমাং অতা লৈরেবা, পুণ্য লোক অমদি স্বর্গলোক কয়া লৈবি; পূমনমক অসিনা মহারাজবু ভায়তুনা লৈরি ॥ ২১ ॥ বসু- মাননা হায়খি— মহারাজ! ঐগী লৈরিবা পুণ্যলোকশিং অদো, মহারাজদা পিথোবচরবনি, অদুনা মফম পূমনমক অদো মহারাজগী ওইগনি। মরম অদুনা মতৌবতা অদুব চৎপিগনস্তু। অদুগা মহারাজগী মতদা ক্ষত্রিয অমগী মযমদগী ক্ষত্রিয অমনা প্রতিগ্রহ দান লৌবা চুমদে হায়না খনবিববস্তু, নাপী মনা অমা থৎলগা অদুনা মফল ওইদুনা ঐগী পুণ্যলোকশিং অসি লৈবিরো ।২২॥ যযাতিনা হায়খি— ক্ষত্রিযগী মযমদগী প্রতিগ্রহ দান লৌবদি পাপনি; মাসি ঐগী অভাং ওইরি- তৈদগী লেংদনা তৌজনবরবা ব্রাখলনি। মরম অদুনা ঐগী ইযমদা কনাগুম্বনা মীনমদুনা করিগুম্বা পোৎ অমতা যোনখিবা, অদুগা ঐনস্তু কনাগুম্বগী মফমদগী মীনমদুনা করিগুম্বদা পোৎ অমতং লৈবা য়াওথবরা হায়বসি অমতা নিংশিংদে। মরম অদুনা মমাংতৈদগী তৌনা অলিগুম্বা

বসুমানুবাচ।

তাংস্ত্বং লোকান্ প্রতিপদ্যস্ব রাজন্! ময়া দত্তান্ যদি নেষ্টঃ ক্রয়স্তে।
অহং ন তান্ প্রতিগন্তা নরেন্দ্র! সর্ব্বে লোকাস্তব তে বৈ ভবন্তু ॥২৪॥

শিবিরুবাচ।

পৃচ্ছামি ত্বাং শিবিরৌশীনরোঽহং মমাপি লোকা যদি সন্তীহ তাত!
যদ্যন্তরিক্ষে যদি বা দিবি শ্রিতাঃ ক্ষেত্রজ্ঞং ত্বাং তস্য ধর্ম্মস্য মন্যে ॥২৫॥

যযাতিরুবাচ।

যস্ত্বং বাচা হৃদয়েনাপি সাধূন্ পরীপ্সমানান্ নাবমংস্থা নরেন্দ্র!।
তেনানন্তা দিবি লোকাঃ শ্রিতাস্তে বিদ্যুদ্রূপাঃ স্বনবন্তো মহান্তঃ ॥২৬॥

শিবিরুবাচ।

তাংস্ত্বং লোকান্ প্রতিপদ্যস্ব রাজন্! ময়া দত্তান্ যদি নেষ্টঃ ক্রয়স্তে।
ন চাহং তান্ প্রতিপৎস্যন্তি হ দত্ত্বা যত্র গত্বা নানুশোচন্তি ধীরাঃ ॥২৭॥

যযাতিরুবাচ।

যথা ত্বমিন্দ্রপ্রতিম প্রভাবস্তে চাপ্যনন্তা নরদেব! লোকাঃ।
তথাদ্য লোকে ন রমেঽন্যদত্তে তস্মাচ্ছিবে! নাভিনন্দামি দায়ম্ ॥২৮॥

---

দান অসি লৌখিদে মরম তদুনা দান অসি ঐ লৌরোই। ঐ মর্ত্ত্যলোকতা চৎতুনা দান ধর্ম্ম নাচিংবা সৎকার্য্যশিং অসি তৌকখিগে হায়না খল্লি। অসুম তৌনা খল্লিবা ঐনা করম হায়না প্রতিগ্রহ— দান লৌগনি? ॥ ২৩ ॥

বসুমাননা হায়খি— মহারাজ! ঐগী পুণ্যলোকশিং অসি মমল পিতুনা লৈবিনিংঙ্গবসু ঐনা ইশানা যানা কৎচবি অসি পুন্নমক লৌতুনা ভোগ তৌবিযু। ঐ পুণ্যলোকশিং অদুদা অমুক চৎলবোই, লোকশিং অদো মতম কুইনাগীদমক মহারাজগী ভোগ তৌফম ওইবসনু ॥ ২৪ ॥ শিবিনা হায়খি ঐনা উশীনরগী মচানা, ঐগী মিং শিবি কৌই, ঐনা মহারাজগী মফমদা হায়জরি— অতিযা মণ্ডলদা অমদি স্বর্গদা ঐগী হেক লৈরিবা পুণ্যলোক অসিগী অধিকারীদি মহারাজদনা ওইগদৌরমি হায়না খল্লরে ॥ ২৫ ॥ যযাতিনা হায়খি— মহারাজ! শিবি! মহারাজনা করিগুম্বা মতমদা ব্রাহৈনা অমদি পুক্নিংনা হায়জবা লাকপা সাধুমহাত্মাশিংবু ইক্তোকতুনা ইকায়বা পিখিদে; মরম অদুনা অমাং অতা লৈত্রবা, নোংথাংগী মতৌগুম ঙাল্লবা, মহারাজগী মিংচৎপু শক্তুনা পাক চাউরবা পুণ্যলোকশিংদুদা লৈরিবা খিবিকনা মহারাজবু স্বাগত তৌনবগীদমক্তা ঙায়রি ॥ ২৬ ॥ শিবিনা হায়খি— মহারাজ! পুণ্যলোক অদুবু মমল পীদুনা লৈবা হায়রবসি মহারাজনা পামরিঙ্গবসু, ঐনা ইশানা যানা ঐগী পুণ্যলোকশিং অদুবু কৎথোকচরি, ঐনা দান অসি তৌরবা মতুংদা লোকশিং অসিগী মনুংদা কবিগুম্বা অমত্তা অমুক হন্না লৌজবোই; হায়রিবা লোকশিং অসিদা চৎলগা জ্ঞানীশিংগী অৱাবা হায়রদু অমুক লৈরবোইদরমি ॥ ২৭ ॥ যযাতিনা হায়খি— শিবি মহারাজ! মহারাজগী শক্তিদি ইন্দ্রগী শক্তিগা অম্মা ওইরবনি, মরম

অষ্টক উবাচ ।

ন চেদেকৈকশো রাজন্ ! লোকান্নঃ প্রতিনন্দসি । সর্ব্বে প্রদায় ভবতে গন্তারো নরকং বয়ম্ ॥২৯॥

যযাতিরুবাচ ।

যদর্হোঽহং তদ্যেতধবং সন্তঃ সত্যাভিনন্দিনঃ । অহং তন্নাভিজানামি যৎ কৃতং ন ময়া পুরা ॥৩০॥

অষ্টক উবাচ ।

কস্যৈতে প্রতিদৃশ্যন্তে রথাঃ পঞ্চ হিরণ্ময়াঃ । যানারুহ্য নরো লোকানভিবাঞ্ছতি শাশ্বতান্ ॥৩১॥

যযাতিরুবাচ ।

যুষ্মানেতে বহিষ্যন্তি রথাঃ পঞ্চ হিরণ্ময়াঃ। উচ্চৈঃ সন্তঃ প্রকাশন্তে জ্বলন্তোঽগ্নিশিখা ইব ॥৩২॥

অষ্টক উবাচ ।

আতিষ্ঠ স্বরথং রাজন্ ! বিক্রমস্ব বিহায়সম্ । বয়মপ্যনুযাস্যামো যদা কালো ভবিষ্যতি ॥৩৩॥

যযাতিরুবাচ ।

সর্ব্বৈরিদানীং গন্তব্যং সহ স্বর্গজিতো বয়ম্ । এষ নো বিরজাঃ পন্থা দৃশ্যতে দেবসদ্মনঃ ॥৩৪॥

বৈশম্পায়ন উবাচ ।

তেঽধিরুহ্য রথান্ সর্ব প্রয়াতা নৃপসত্তমাঃ। আক্রমন্তো দিবং ভাভির্দ্ধর্ম্মেণাবৃত্য রোদসী ॥৩৫॥

---

অতুনা মহারাজগী লৈবিবা পুণ্যলোক পুম্নমকসি অমাং অতা লৈত্রবনি, অতুম ওইনমক অতোপপা অমনা পীবা পুণ্যলোকশিং অসে ফংলে হায়বগা ঐ পেঙ্গবা ঙমলোই. মবম অতুনা মহারাজ ! মহারাজ গী মফমদগী পীবিবিবা দান অসি তবাম তবান্না স্বাকাব তৌবা ঙমজদবে ॥ ২৮ ॥ অষ্টকনা হায়খি — মহাবাজ ! ঐখোয পুম্নমক্কী পুণ্যলোবশিং অসে অমমম ওইনা লৌবা ঙম্বিদ্রবদি ঐখোই পুম্নমক তিন্নতুনা ঐখোয়গী পুণ্যলোক পুম্নমক অসে কৎথোকচবম্নগা মত্ত্যলোকতা চৎচখবগে ॥ ২৯ ॥

যযাতিনা হায়খি— ঐনা ভোগ তৌবা য়াবা মতিকচাবা মশক অদো মাষ্ট শেম্বিনবা, পাংথোক-পিনবা মযাম্না হোৎনবিরম্মু , কবি মবমনা হাযববু, সাধু মহাত্মাশিংনা মহাক মহাক্কী ফংফম থোকপা অচুম্বা শরুক অক্ততবু পামজে, অমদি তবাম তবান্না লৌই। অদুবু ঐনা মমাংদৈদো খক লৌখিদ্রিবা প্রতিগ্রহদো হুজিকস্মু অমুক লৌজবা ঙম্মোই ॥৩০॥ অষ্টকনা হায়খি— সনাতনা শাবা উরিবা রথ মঙা অসে কনাগীনো ? অসিগুম্বা রথ অসিদা তোংদুনা মী ওইবনা অমাং অতা লৈত্রবা নিত্যধাম ওইবা লোকশিং অদুদা চৎনিংবা ঙাক্তুনি ।৩১॥ যযাতিনা হায়খি— সনাতনা শাবিবা বথ মঙা অসে নখোয় পুম্নমকপু পুগদৌবগী ঙাইহনা লৈরি, রথশিং অসিনা মযামবু হোনগদৌরিবনি, বথশিং অসে চাক্লবা মৈগী মৈরীগুম মথক্রোমদা মাগী মাগী মঙান শন্দোকতুনা তগুপ তবেংনা ইঙাল ঙান্না নিংথিজরি ॥৩২॥ অষ্টকনা হায়খি— মহারাজ ! পুমনমক অসে মহারাজগী রথ ঙাক্তুনি, মাসিদা তোংখৎলে হায়রগা আকাশবু লাম্তোকতুনা চৎপিখরো ; হযেং মতম চাবক্লবদা ঐখোযস্মু মহাবাজগী তুংইঙ্গরক্কে॥ ৩৩ ॥ যযাতিনা হায়খি— ঐখেয পুম্নমক চপ মান্নবা স্বর্গবু জয তৌরবনি, অদুনা ঐখোই পুমনমক তিন্নতুনা হেকতা মচৎলসি। স্বর্গ কানবা অপনবা অমদি য়ৈখায থিঙ্গাযবা লৈত্রবা লম্বি অসে ইঙান ঙান্না উরে ॥৩৪॥ বৈশম্পায়ননা হাযথি—মতৌ অম্নমনা অথোইবা নিংথৌশিং অতুনা, বথশিং অতুদা তোংখৎতুনা

অষ্টক উবাচ।

অহং মন্যে পূর্ব্বমেকোঽস্মি গন্তা সখা চেন্দ্রঃ সর্বথা মে মহাত্মা।
কস্মাদেবং শিবিরৌশীনরোঽয়ম্ একোঽত্যগাৎ সর্ববেগেন বাহান্ ॥৩৬॥

যযাতিরুবাচ।

অদদদ্যাচমানায় যাবদ্বিত্তমবিন্দত। উশীনরস্য পুত্রোঽয়ং তস্মাচ্ছ্রেষ্ঠো হি বঃ শিবিঃ ॥৩৭॥

দানং তপঃ সত্যমথাপি ধর্ম্মো হ্রীঃ শ্রীঃ ক্ষমা সৌম্যমথো বিধিৎসা।
রাজন্নেতান্যপ্রমেয়ানি রাজ্ঞঃ শিবেঃ স্থিতান্যপ্রতিমস্য বুদ্ধ্যা ॥৩৮॥
এবং বৃত্তো হ্রীনিষেবশ্চ যস্মাত্তস্মাচ্ছিবিরত্যগাদ্বৈ রথেন।

বৈশম্পায়ন উবাচ।

অথাষ্টকঃ পুনরেবান্বপৃচ্ছন্মাতামহং কৌতুকেনেন্দ্রকল্পম্ ॥৩৯॥

পৃচ্ছামি ত্বাং নৃপতে! ব্রূহি সত্যং কুতশ্চ কশ্চাসি সুতশ্চ কস্য।
কৃতং ত্বয়া যদ্ধি ন তস্য কর্ত্তা লোকে ত্বদন্যঃ ক্ষত্রিয়ো ব্রাহ্মণো বা ॥৪০॥

যযাতিরুবাচ।

যযাতিরস্মি নহুষস্য পুত্রঃ পূরোঃ পিতা সার্ব্বভৌমস্ত্বিহাসম্।
গুহ্যার্থং মামকেভ্যো ব্রবীমি মাতামহোঽহং ভবতাং প্রকাশম্ ॥৪১॥

---

ধর্ম্মগী প্রভাবতনা ভূমণ্ডল অমদি গগনমণ্ডল অসিমকপু মাবথিবা পীহনা মা নাগী তেজনা অতিযাগী মকোই পূমনমক শিনথুনা স্বর্গ পাংনা চৎখি ॥৩৫॥ অষ্টকনা হায়খি— দেবরাজ ইন্দ্রদো হিরম পূমনমক্তা ঐগী চান্নথোক্‌ববা মরূপ অমা ওইখিবনি; মরম অদুনা ঐ ইগন্তনা মযামগী মাং থানা চৎকে খল্লম্বনি, অদুবু উশীনরগী মচানপা শিবিনা খরাইদগী মাং থানা হেনগৎখিদুনা ঐখোযগী সারথিশিং হেন্দোকতুনা চৎখিরবসি করিগানে? ॥৩৬॥

যযাতিনা হায়খি — উশীনরগী মচা শিবি অসিনা মর্ত্ত্যলোকতা লৈরিবা মতমদা মাগী রাজ্যদা হেক লৈরিবা মরল মথুম পুম্নমক নিররিবা মীশিংগী মফমদা লোইনা দান তৌখোকখি, মরম অদুনা মাতনা ঐখোয় পুম্নমক্তগী অথোইবা ওইখ্রবনি ॥ ৩৭ ॥ দান, তপস্যা, সত্য তীর্থ স্নাননচিংবা ধর্ম্ম কর্ম্ম অপুন্বা, ইকায়বা, থৌজাল হৈবা, পিনহৈবা, ভাকপিহৈবা, পূকচেল থোৎপা, অমদি মী পূমনমকপু নুংঙাইহনগে হোৎনবা অদুগী বাখলনচিংবা গুণ পূমনমক অসে মথোন্দদি খাইদগী মাত্রা হেন্না লৈখিবনি, অদুগা বুদ্ধি লৌশিংদস্সু মাগী মতমদা মাগা মানবা অমতা যাওরমদে ॥ ৩৮ ॥ অসিগুম্বা গুণ অসি লৈবনা শিবিনা ঐখোয় পুমনমক লাম্বোক্তুনা চৎখিরবনি। বৈশম্পায়ননা হায়খি— অসিগী মতুংদা অষ্টকনা যামনা থংনিংতুনা ইন্দ্রগা মানরবা মমা পোকপা মপু যযাতিদা অমুক হন্না হংখি ॥ ৩৯ ॥ মহারাজ! ঐনা মহারাজগী মফমদা হংজরিবাসি চুমনা খুম্বিয়ু; মহারাজবু কনানো? কনাম পোকপনো? কদাযদগী লাকপিরিবনো? মহারাজনা তৌখিবা অরুবা থবকশিং অদো মহরাজ নৎতবা অতৈ অতোপ্পা ব্রাহ্মণ নত্রগা ক্ষত্রিয় অমতনা থক তৌখিত্রিমাল্লে ত্রুপ্তনা খল্লি ॥ ৪০ ॥ যযাতিনা হায়খি — ঐগী মিং যযাতি কৌই, নহুষগী মচানি,

সর্বামিমাং পৃথিবীং নির্জিগায় প্রাদামহং ছাদনং ব্রাহ্মণেভ্যঃ।
মেধ্যানশ্বানেকশতান্ সুরূপাংস্তদা দেবাঃ পুণ্যভাজো ভবন্তি ॥৪২॥
অদামহং পৃথিবীং ব্রাহ্মণেভ্যঃ পূর্ণামিমামখিলাং বাহনেন।
গোভিঃ সুবর্ণেন ধনৈশ্চ মুখ্যৈস্তদাঽদদং শতমর্বুদানি ॥৪৩॥
সত্যেন মে দ্যৌশ্চ বসুন্ধরা চ তথৈবাগ্নির্জ্বলতে মানুষেষু।
ন মে বৃথা ব্যাহৃতমেব বাক্যং সত্যং হি সন্তঃ প্রতিপূজয়ন্তি ॥৪৪॥
যদষ্টক! প্রব্রবীমীহ সত্যং প্রতর্দনঞ্চৌষদশ্বিং তথৈব।
সর্ব্বে চ লোকা মুনয়শ্চ দেবাঃ সত্যেন পূজ্যা ইতি মে মনোগতম্ ॥৪৫॥
যো নঃ স্বর্গজিতঃ সর্বান্ যথাবৃত্তং নিবেদয়েৎ। অনসূয়ুর্দ্বিজাগ্রেভ্যঃ স লভেন্নঃ সলোকতাম্ ॥৪৬॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

এবং রাজা স মহাত্মা হ্যতীব স্বৈর্দৌহিত্রৈস্তারিতোঽমিত্রসাহঃ।
ত্যক্ত্বা মহীং পরমোদারকর্ম্মা স্বর্গং গতঃ কর্ম্মভির্ব্যাপ্য লোকান্ ॥৪৭॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
সম্ভবে উত্তরযাযাতেসমাপ্তির্নাম অশীতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥৮০॥

—:(*):—

অদুগা পূরুগী মপানি; ঐ পৃথিবী পুম্বাগী নিংথৌরেল ওইরমই। নখোয পুমনমক হৌজিক্তি ঐগী ওই-রবনিনা অথুপ্পা ব্বা পুমনমক হাযবগে। ঐ গাস নখোয় পুমনমক্কী নমাপোকপা নবুধোনি, মসি থাঙ্গৎশেংবা ব্বানি ॥ ৪১ ॥ ঐনা পৃথিবী পুম্বা জয তৌরমই, অদুগা ব্রাহ্মণ পুমনমক্কা বস্ত্র দান তৌখি। দোষ লৈত্রবা লক্ষণ পুমনমক্কা তিল্লবা অমদি ফজরবা, শগোল চামাবু দান তৌবরা পুণ্য চেল্লবা মীশিং অদো দেবতাগী মঙ্গংচেল্রে হাযনা ঐখোযনা তাই ॥ ৪২ ॥ মবম অদুনা অতগুম্বা শগোলশিং অদুনা থল্লবা পৃথিবী মপুম অসিমক ঐনা ব্রাহ্মণশিংদা দান তৌখি, অদুগা যন কযা কযাবু হীরা, মনি মুক্তা, সনা, লুপা কযানচিংবা মমল য়াম্রবা পোৎশক কযাগা লোযননা অমদি লেল থুন কোটি কোটিবু ঐনা দান তৌখি ॥ ৪৩ ॥

ঐগী সত্যশিং অদুগী প্রভাবতা ভূমণ্ডল অমদি গগনমণ্ডল অনিনা লৈরিবনি, অদুগা মীওইবশিংগী মরক্তা মৈ চাযবা অসিনা হৌজিক যাওনা চানদুনা লৈরিবনি। ঐ বরিগুম্বা মতমদা মীনম্বা ব্বা ঙাং-খিদে, মবমদি সাধু মহাত্মাশিংনা সত্যদবু থম্ব ইদগী চেম্না ইবাই-খুম্নে ॥৪৪॥ অষ্টক! ঐনা নংগী নফমদা হাযরিবা অচুম্বা অসে উষদশ্বগী মচা প্রতর্দনগী মযমদসু অচুম্বা অসি হাযগে্রবনি, লোক পুম্ন-মকনা মুনি খিবিকনা অমদি দেবতা পুমনমকনা সত্যগী শক্তিদনা খব্বাইগী ইবাংনফম ওইখি্রবনি অমদি ওইরিবনি হাযবসি ঐগী লেংদ্রবা ব্বাখল্লনি অমদি মাসি থাজে ॥৪৫॥ অদুগুম্বা মী অদুনা কলক-য়েংথিবা য়াওদনা, ব্রাহ্মণশিংগী মফমদা স্বর্গবু জমলবা ঐখোয়গী ব্বারী অসিবু চপচানা লীহনা তাহল্লবা মী মহাক অদো ঐখোযগা চপনান্নহনা স্বর্গবু ফংগনি ॥৪৬॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি— মহারাজ জনমেজয়! অফবা থবকতা তৌবরা, পুবচেল চাউবরা যযাতি নিংথৌনা মহাক্কী মচানুপীশিংনা পোকপা মাখোয় পুম্নমক অম্বু মতৌ অম্নুমনা উদ্ধার তৌরমদুনা পৃথিবীবু থাদোক্লমদুনা মানা তৌখিবা কর্ম্মশিং অদুগী মিংচত্তুনা মরোল অম্ব শন্দোক্লমদুনা অমুক চন্না স্বর্গ কাখি ॥৪৭॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারততা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদিপর্ব্বদা সম্ভবদা উত্তর যযাতিগী মতাংদা মরিফু শুবা অধ্যায় লোয়রে ॥ ৮০ ॥

— • —

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব—সম্ভবে পূরুবংশকীর্ত্তনোপক্রমো

### (মারিফুমাথোই শুবা অধ্যায়)

—(*)—

জনমেজয় উবাচ।

ভগবন্! শ্রোতুমিচ্ছামি পূরোর্বংশকরান্ নৃপান্। যদ্বীর্য্যান্ যাদৃশাংশ্চাপি যাবতো যৎপরাক্রমান্ ॥১॥
নহ্যস্মিন্ শীলহীনো বা নির্বীর্য্যো বা জনাধিপঃ। প্রজাবিরহিতো বাপি ভূতপূর্বঃ কথঞ্চন ॥২॥
তেষাং প্রথিতকীর্ত্তীনাং রাজ্ঞাং বিজ্ঞানশালিনাম্। চরিতং শ্রোতুমিচ্ছামি বিস্তরেণ তপোধন! ॥৩॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

হন্ত তে কথয়িষ্যামি যন্মাং ত্বং পরিপৃচ্ছসি। পূরোর্বংশধরান্ বীরান্ শক্রপ্রতিমতেজসঃ।
ভূরিদ্রবিণবিক্রান্তান্ সর্ব্বলক্ষণপূজিতান্ ॥৪॥
প্রবীরেশ্বররৌদ্রাশ্বাস্ত্রয়ঃ পুত্রা মহারথাঃ। পূরোঃ পৌষ্ট্যামজায়ন্ত প্রবীরস্তত্র বংশকৃৎ ॥৫॥
মনস্যুরভবত্তস্মাচ্ছূরসেনীসুতঃ প্রভুঃ। পৃথিব্যাশ্চতুরন্তায়া রাজা রাজীবলোচনঃ ॥৬॥
শক্তঃ সংহননো বাগ্মী সৌবীরীতনয়াস্ত্রয়ঃ। মনস্যোরভবন্ পুত্রাঃ শূরাঃ সর্বে মহারথাঃ ॥৭॥
অন্বগ্ভানুপ্রভৃতয়ো মিশ্রকেশ্যাং মনস্বিনঃ। রৌদ্রাশ্বস্য মহেষ্বাসা দশাপ্সরসি সূনবঃ ॥৮॥

---

জনমেজযনা হংখি— হে মহর্ষি বৈশম্পায়ন! অদুক য়াম্বা কনথৌরবা, গুণ-চেন্নবা, গুণ-চেন্না অদুক মপাঙ্গল, মথৌনা লৈখ্রবা অদুক য়াম্বা পূরুবংশদা পোকখিবা নিংথৌশিং অদুগী মমিংশিং অমা মথং মনাও নাইনা তাজনিংঙি ॥১॥ বংশ অসিদা মরমচং ব্যবহার ফজত্রবা, মপাঙ্গল মথৌনা লৈত্রবা অমদি মচা পোকখিদবা নিংথৌ অমতংদি পোকখি হায়রসি ঐনা তাখিদে ॥২॥ নিংথৌশিং অদুগী মিংচৎনা জগৎ পুমনমক শন্দোকখি, অদুগা মখোয় পুমনমক শিল্পবিদ্যাদা অমদি শাস্ত্রদা চংখোয়রমনবা ওইরমই। মরম অদুনা ঐনা য়াম্না শন্দোকনা মখোয়গী চরিত্রদো তানিংঙি ॥৩॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি— মহারাজ! মহারাজনা ঐঙোন্দা হংবিখিবা পূরু হায়বা বংশসিদা পোকখিবা ইন্দ্রগা মান্না মতিক-মগুণ চাউরবা, অফবা লক্ষণ পুমনমকনা তিন্নবা, থোইদোকনা কন-থৌরবা, ইনাক-কৈরাক থুম্নবা, অমদি— মথৌনা লৈরবা নিংথৌশিং অদুগী বিষয়দা খরনং হায়জগে ॥৪॥ পূরুগী ওইরসদগী পৌষ্টীগী গর্ভদা প্রবীর, ঈশ্বর অমদি রৌদ্রাশ্ব কৌবা মচা মহারথি অহুম পোকখি; মখোয় অহুমসিগী মনুংদা প্রবীরনা শাগৈ মুত্তনবা লৈহৌবা ওইখি ॥৫॥ প্রবীরগী ওইরসদগী শূরসেনীগী গর্ভদা মনস্যু কৌবা মচা অমথক পোকখি; মশক, মিত্তা ফজরবা মনস্যু হায়বা অসিনা সমুদ্রনা লোয়নবা পৃথিবী পুমনমক অসিগী অমতা ওইবা সার্ব্বভৌমাপতি ওইখি ॥৬॥ সৌবীরী কৌবীগী গর্ভদা মনস্যুগী ওইরসদগী মচা অহুম পোকখি; মখোয়গী মমিংদি— শক্ত, সংহনন অমদি বাগ্মী কৌই; মখোয় অহুমক করবা মহারথি মক্তা ওইখি ॥৭॥ পূরুগী অহুমশুবা মচা রৌদ্রাশ্বগী ওইরসগী মিশ্রকেশী কৌবী অপ্সরাগী গর্ভদা

যজ্বানো জজ্ঞিরে শূরাঃ প্রজাবন্তো বহুশ্রুতাঃ। সর্বে সর্বাস্ত্রবিদ্বাংসঃ সর্বে ধর্মপরায়ণাঃ ॥৯॥
ঋচেয়ুরথ কক্ষেয়ুঃ কৃকণেয়ুশ্চ বীর্য্যবান্। স্থণ্ডিলেয়ুর্বনেয়ুশ্চ জলেয়ুশ্চ মহাযশাঃ ॥১০॥
তেজেয়ুর্বলবান্ ধীমান্ সত্যেয়ুশ্চেন্দ্রবিক্রমঃ। ধর্ম্মেয়ুঃ সন্নতেয়ুশ্চ দশমো দেববিক্রমঃ ॥১১॥
অনাধৃষ্টিরভূত্তেষাং বিদ্বান্ ভুবি তথৈকরাট্। ঋচেয়ুরথ বিক্রান্তো দেবানামিব বাসবঃ ॥১২॥
অনাধৃষ্টিসুতস্ত্বাসীদ্রাজসূয়াশ্বমেধকৃৎ। মতিনার ইতি খ্যাতো রাজা পরমধার্ম্মিকঃ ॥১৩॥
মতিনারসুতা রাজন্! চত্বারোঽমিতবিক্রমাঃ। তংসুর্মহানতিরথো দ্রুহ্যশ্চাপ্রতিমদ্যুতিঃ ॥১৪॥
তেষাং তংসুর্মহাবীর্য্যঃ পৌরবং বংশমুদ্বহন্। আজহার যশো দীপ্তং জিগায় চ বসুন্ধরাম্ ॥১৫॥
ঈলিনন্তু সুতং তংসুর্জনয়ামাস বীর্য্যবান্। সোঽপি কৃৎস্নামিমাং ভূমিং বিজিত্য জয়তাং বরঃ ॥১৬॥
রথন্তর্য্যাং সুতান্ পঞ্চ পঞ্চভূতোপমাংস্ততঃ। ঈলিনো জনয়ামাস দুষ্মন্তপ্রভৃতীন্নৃপান্ ॥১৭॥
দুষ্মন্তং শূরভীমৌ চ প্রবসুং বসুমেব চ। তেষাং শ্রেষ্ঠোঽভবদ্রাজা দুষ্মন্তো দুর্জয়ো যুধি ॥১৮॥
দুষ্মন্তাল্লক্ষণায়ান্তু জজ্ঞে বৈ জনমেজয়ঃ। শকুন্তলায়াং ভরতো দৌষ্মন্তিরভবৎ সুতঃ।
তস্মাদ্ভরতবংশস্য বিপ্রতস্থে মহদ্যশঃ ॥১৯॥

---

অশ্বগ্‌ভানু অসিনাচিংবা লান্দা থৌরবা অহুগা থোইদোকনা হৈশিংলবা মচা তরা পোকখি ॥৮॥ হায়রিবা মচাশিং অসি শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা অচৌ অচৌবা যজ্ঞ তৌখি; কন-থৌরবা অমদি মচা-মশু যামলবা ভাক্তা ওইখি, অয়াম্বা শাস্ত্রগী জ্ঞান তানশিন্দুনা খুৎলাইগী বিদ্যাদা হৈশিংলবা অমদি ধর্ম্ম-চেনব-মকতা ওইখি ॥৯॥

মখোয়গী মমিংদি — ঋচেয়ু, কক্ষেয়ু, কৃকণেয়ু, স্থণ্ডিলেয়ু, বনেয়ু, জলেয়ু, তেজেয়ু, সত্যেয়ু, ধর্ম্মেয়ু, অমশুং সন্নতেয়ু অসিনি ॥ ১০ — ১১ ॥ মখোয়গী মনুংদা ঋচেয়ু হায়বা অসিনা ইন্দ্রগী মতোংগুম খুৎকল পাঙ্গলবা, বিদ্যা হৈরবা অমদি পৃথিবীগী অনি শুদ্রবা নিংথৌ ওইদুনা অনাধৃষ্টি অমদি অশ্বগভানু অমুম হায়বা মিংথোল লৌদুনা মতম কুইনা পানখি ॥ ১২ ॥ অনাধৃষ্টিগী মচানা মতিনার কৌই। মতিনারনা নিংথৌ ওইবা মতমদা রাজসূয় অমদি অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌখি, অহুগা পোকপদগী ধর্ম্ম চেনবা মিপাই ওইখি ॥ ১৩ ॥ মহারাজ। মতিনারগী মচা মরি পোকখি; হায়রিবা মচাশিং অসি-মতম অহুগী অতে অমাগা মাপ্পনা খুৎকল পাঙ্গনবা ওইখি। মখোয়গী মমিংদি তংসু, মহান, অতিরথ, অমদি দ্রুহ্য অসিনি ॥ ১৪ ॥ মখোয় মনুংদা থোইদোকপা কল্লবা তংসু হায়বা অসিনা পূরুবংশগী মান মার্য্যাদা ভাক্তুনা পৃথিবী পুম্বা জয় তৌদুনা লংলবা মিংচৎ ভানশিনখি ॥ ১৫ ॥ কল্লবা তংসু অসিগী ঈলিন কৌবা মচা অমা পোকখি। লান তৌবাশিংগী অথোয়বা ঈলিন হায়বা অসিনু পৃথিবী অপুম্বা জয় তৌখি ॥ ১৬ ॥ মহারাজ ঈলিনগী ঔরসদগী রথন্তরী কৌবী ভার্য্যাগী গর্ভদা দুষ্মন্ত শূর, ভীম, প্রবসু অমদি বসু কৌবা মচা নিপাল পোকখি; মখোয়শিং অসি মৈ ঈশিংনাচিংবা পঞ্চভূতগী মতোংগুম পৃথিবীদা কাওখি। মখোয়গী মনুংদা খ্বাইগী অহল দুষ্মন্তনা লালদা অমমা পাক্ত ভমকন্দ্রবা নিংথৌ অমা ওইখি ॥ ১৭ — ১৮ ॥ দুষ্মন্তগী ঔরসদগী লক্ষণা কৌবীগী গর্ভদা জনমেজয় কৌবা মচা অমা পোকখি, অদুগা দুষ্মন্তসিগী ঔরসদগী শকুন্তলাগী গর্ভদা ভরত কৌবা মচা অমা পোকখি। হায়রিবা ভরত অসিদগী ওইখিবা ভরতবংশগী পাক্ক চাউরবা মিংচৎ খোজিক বাওবা শিন্দুংনা লৈরি ॥ ১৯ ॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
সম্ভবে পূরুবংশকীর্ত্তনোপক্রমোঽ নাম একাশীতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

——:(*):——

মতাং অসিদা শ্রীমহাভরতদা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা
সম্ভবদা পূরুবংশ কীর্ত্তনো পক্রম কৌবা মরিফুমাথোই শুবা অধ্যায় লোইরে ॥ ০ ॥

——(*)——

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব— সম্ভবে শাকুন্তলে

(অরিফুনিথোই শুবা অধ্যায়)

——:(*):——

জনমেজয় উবাচ ।

ভগবন্ ! বিস্তরেণহে ভরতস্য মহাত্মনঃ । জন্ম কর্ম্ম চ শুশ্রূষোত্তমে শংসিতুমর্হসি ॥১॥

বৈশম্পায়ন উবাচ ।

পৌরবাণাং বংশকরো দুষ্মন্তো নাম বীর্য্যবান্ । পৃথিব্যাশ্চতুরন্তায়া গোপ্তা ভরতসত্তম ! ॥২॥
চতুর্ভাগং ভুবঃ কৃৎস্নং সোঽভুঙ্ক্ত মনুজেশ্বরঃ । সমুদ্রাবরণাংশ্চাপি দেশান্ স সমিতিঞ্জয়ঃ ॥৩॥
আম্লেচ্ছাটবিকান্ সর্ব্বানভুঙ্ক্ত রিপুমর্দ্দনঃ । রত্নাকরসমুদ্রান্তাংশ্চাতুর্ব্বর্ণ্যজনাবৃতান্ ॥৪॥

জনমেজয়না হায়খি — মহর্ষি ! পুকচেল চাউরবা ভরতকী মপোক্কী ৱারি, অমদি মাগী মপুন্সিগী ৱারি অসি য়াম্না শন্দোক্না তাক্তনিংঙি ; মরম অদুনা থৌজালবিদুনা ঐঙোন্দা লীবিয়ু ॥১॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি —মহারাজ ! পূরু বংশগী মান মর্য্যাদা পুন্নমক কায়দনা ভাকখিবা, কন-থোক্লবা দুষ্মন্ত হায়বা নিংথৌ অমা সমুদ্র মরিনা কোযশিল্লবা পৃথিবী পুম্বাগী অমত্তা ওইবা নিংথৌ ওইরম্মি ॥২॥ লানকম খুদিংদা মমায় পাকপা ফংলবা নিংথৌ দুষ্মন্তনা পৃথিবীগী নোংপোক, নোংচুপ, অৱাং, মখা মায়কৈদা লৈরিবা লম পুন্নমক অদুগী ধন-সম্পত্তি পুন্নমক ভোগ তৌরম্মি, অদুগা লাপ্লবা সমুদ্র মপান্দা তাবা দেশ পুন্নমকপুম্বু মাখা শাসন তৌরম্মি ॥৩॥ ম্লেচ্ছদেশ অমদি কিরাত দেশনচিংবগী হৌনা সমুদ্রনা কোয়শিল্লিবা অমদি ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়নচিংবা বর্ণ মরিনা তিল্লবা প্রজা পুম্বনা লৈবা দেশ পুন্নমক্তা

ন বর্ণসঙ্করকরো ন কৃষ্যাকরকৃজ্জনঃ। ন পাপকৃৎ কশ্চিদাসীত্তস্মিন্ রাজনি শাসতি ॥৫॥

ধর্ম্মে রতিং সেবমানা ধর্ম্মার্থাবভিপেদিরে। তদা নরা নরব্যাঘ্র! তস্মিন্ জনপদেশ্বরে ॥৬॥

নাসীচ্চৌরভয়ং তাত! ন ক্ষুধাভয়মণ্বপি। নাসীদ্ব্যাধিভয়ঞ্চাপি তস্মিন্ জনপদেশ্বরে ॥৭॥

স্বধর্ম্মে রেমিরে বর্ণা দৈবে কর্ম্মণি নিঃস্পৃহাঃ। তমাশ্রিত্য মহীপালমাসংশ্চৈবাকুতোভয়াঃ ॥৮॥

কালবর্ষী চ পর্জ্জন্যঃ শস্যানি রসবন্তি চ। সর্বরত্নসমৃদ্ধা চ মহী পশুমতী তথা।

স্বকর্ম্মনিরতা বিপ্রা নানৃতং তেষু বিদ্যতে ॥৯॥

স চাদ্ভুতমহাবীর্য্যো বজ্রসংহননো যুবা। উদ্যম্য মন্দরং দোর্ভ্যাং বহেৎ সবনকাননম্ ॥১০॥

চতুষ্পাথগদাযুদ্ধে সর্ব্বপ্রহরণেষু চ। নাগপৃষ্ঠেঽশ্বপৃষ্ঠে চ বভূব পরিনিষ্ঠিতঃ ॥১১॥

বলে বিষ্ণুসমশ্চাসীত্তেজসা ভাস্করোপমঃ। অক্ষুব্ধত্বেঽর্ণবসমঃ সহিষ্ণুত্বে ধরাসমঃ ॥১২॥

সম্মতঃ স মহীপালঃ প্রসন্নপুররাষ্ট্রবান্। ভূয়ো ধর্ম্মপরৈর্ভাবৈর্মুদিতং জনমাদিশৎ ॥১৩॥

---

রাজভোগ তৌখি ॥৪॥ দুষ্মন্ত নিংথৌগী হাক্তক্তা বর্ণ সঙ্কর (মুকয়ল) অমতা পোকখিদে, লৌ-উদে অমদি খোংদগী সনা লুপানচিংবা ধাতু অমতা ঁতৌথোক্তুনা পুথোক্লখিদে, কনাগুম্বা অমতনা পাপকি থবক অমতা তৌখিদে ॥৫॥ মহারাজ! দুষ্মন্তনা নিংথৌ ওইরিঙৈদো প্রজা পুম্নমক ধর্ম্মগী মরম ওইবা কর্ম্মদা তৌদুনা ধর্ম্ম অমদি অর্থ অনিমক তানশিনখি ॥৬॥ জনমেজয়! দুষ্মন্তনা পাল্লিঙৈদো হুরানবা অমদি করিগুম্বা মখলগী লায়না অমদি লাইথুংগী অকিবা খজিক্তফাও লৈরমদে ॥৭॥ অন্নাবা খুদোং থিবা হৌরে লৈখিদবা অহনা, করিগুম্বা উপদ্রব অমা থোকলে অমদি থোক্লকনি হায়বগী মাহু কোক্লনবা শান্তি-স্বস্ত্যয়ননচিংবা থোইদোক্লা তৌনিংবা লৈখিদে, ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়নচিংবা বর্ণ গী মী পুম্নমক মাগী মাগী ধর্ম্মদা পুক্লিং চংনা লৈহনা থোইদোক্লা সুংঙাইবা ফংখি অমসুং অসিগুম্বা নিংথৌ ফংজবদা প্রজাশিংনা করিমতা অকিবা নিংঙাইবা লৈতনা মপুন্সি লেনখি ॥৮॥ নোংনা মতম চানা চুখি, মহৈ মক্লোং শুম্বা মরৈক-মহাউ চেনখি, পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা, মনি রত্নচিংবনা ইথল-থলখি, ষণ্ডচিংবা কান্নবা যুমশা য়ুমথোং খুদিংদা মরাং কায়না লৈথি; ব্রাহ্মণশিংনা মাগী মাগী মথৌদা পুক্লিং চংখি, মীনম লোরিবগী থবক অমতা তৌখিদে ॥৯॥ অঙকপা ফংনা কল্লবা অমদি বজ্রগা মাননা লিংলবা, হক্চাংগী কায়াৎ পুম্নমক্লা মাগী ওইবা, পাগং মথোৎ কারবা দুষ্মন্ত নিংথৌনা মপান্থোম অনিতনা ঈশিং অমদি বন খিবিক্তা লোয়ননা মন্দর চীংবু থাঙক্তুনা পুবা ঙমখি ॥১০॥ মী মরিগী মরক্তা লৈহনা তৌবা গদা যুদ্ধ, মখল-মখা অয়াম্বা থাং, তা, তেনজনচিংবা খুৎলাইগী মতিক চানা শিজিন্নবা, অমদি শগোল-সামু তোংবা থৌবনাচিংবদা খাইদগী থোইদোক হেন্দোক্লা শিক্ষা ফংখিবা নিপানি ॥১১॥ অদুগা মহাক অসি পাঙল্দা বিষ্ণুগা, মতিক মগুণদা অমদি তেজদা সুমিৎকা, তপ্পদা সমুদ্রগা অমদি থাং হৈবদা পৃথিবীগা প্রমাণ ওইখি ॥১২॥ মী পুমনমক্লা মাবু ইসুং সুংশিরম্মি; মরম অদুনা নগরবাসী অমদি দেশবাসী পুম্নমকনা মাবু উবদা ইপোল হেক পোলখি, অমসুং ধর্ম্ম কায়দবা মাগী লমচৎ ব্যবহারনা প্রজা মীপুম খুদিংবু পোকচনদুনা সুংঙাইনা শাসন তৌখি ॥১৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
সম্ভবে শাকুন্তলে দ্বাশীতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

——:০:——

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারততা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদি পর্ব্বদা সম্ভবদা শাকুন্তলাদা মবিফুনিথোই শুবা অধ্যায় লোইবে॥০॥

——(০)——

# শ্রীমহাভারতম্।

## আদি পর্ব্ব— সম্ভবে শকুন্তলে

### ( মরিফুহুমদোই শুবা অধ্যায়ঃ )

——:(*):——

জনমেজয় উবাচ।

সম্ভবং ভবতস্ত্বাহং চরিতঞ্চ মহামতেঃ। শকুন্তলায়াশ্চোৎপত্তিং শ্রোতুমিচ্ছামি তত্ত্বতঃ ॥১॥

দুষ্মন্তেন চ বীরেণ যথা প্রাপ্তা শকুন্তলা। তং বৈ পুরুষসিংহস্য ভগবান্ বিস্তরং গুণম্।

শ্রোতুমিচ্ছামি তত্ত্বজ্ঞ। সর্ব্বং মতিমতাং বর ॥২॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

স কদাচিন্মহাবাহুঃ প্রভূতবলবাহনঃ। বনং জগাম গহনং হয়নাগশতৈর্বৃতঃ ॥৩॥

বলেন চতুরঙ্গেণ বৃতঃ পরমবল্গুনা। খড়্গশক্তিধরৈর্বীরৈর্গদামুসলপাণিভিঃ ॥৪॥

---

জনমেজয়না হায়খি— মহর্ষি বৈশম্পায়ন! পুরুচেল চাউববা ভরতকী মপোককী ৱারী অমদি শকুন্তলানা পোকখিবা অহুগী ৱারীশিং অহু হেক থোকখিবা থৌদোকশিং অহুগা লোয়ননা মথং-মনাও কায়দনা লীবিয়ু. তাজনিংঙি ॥১॥ অদুগা দুষ্মন্তনা শকুন্তলাবু মতৌ করমনা ফংখিবা অসি পূমনমক মথংশিংনা তাজনিংঙি ॥২॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি— জনমেজয়! নোংমা কন-থৌরবা দুষ্মন্তনা খোংলোয় লানমি অমদি শাদোং মথল মথল য়ামনা পুন্থনা, শগোল-শামু মপেনা ইকোই কোইশিনদুনা মৃগয়া চৎকে হায়না শুরুবা বন অমগী মন্নুংদা চৎলম্মি ॥৩॥ থোইদোকনা ফজববা শগোল-শামু, রথ অমদি খোংমীনা থল্লবা চতুরঙ্গ লান্মিগা লোয়নম্বনা, অহুগা থাং, তা. গদা, মুসল, কুন্ত অমদি— তোমরনচিংবা থুৎলোই মথল মথল পায়বা লানমি পূমনমকনা কোয়শিল্লহনা বনগী মন্নুংদা অদুম চৎলকই।

প্রাসাতোমবহস্তৈশ্চ যযৌ যোধশতৈর্বৃতঃ। সিংহনাদৈশ্চ যোধানাং শঙ্খদুন্দুভিনিস্বনৈঃ ॥৫॥
রথনেমিস্বনৈশ্চৈব সনাগবরবৃংহিতৈঃ। নানায়ুধধরৈশ্চাপি নানাবেষধরৈস্তথা ॥৬॥
হ্রেষিতস্বনমিশ্রৈশ্চ ক্ষ্বেড়িতাস্ফোটিতস্বনৈঃ। আসীৎ কিলকিলাশব্দস্তস্মিন্ গচ্ছতি পার্থিবে ॥৭॥
প্রাসাদবরশৃঙ্গস্থাঃ পরয়া নৃপশোভয়া। দদৃশুস্তং স্ত্রিয়স্তত্র শূরমাত্মযশস্করম্ ॥৮॥
শক্রোপমমমিত্রঘ্নং পরবারণবারণম্। পশ্যন্তঃ স্ত্রীগণাস্তত্র বজ্রপাণিং স্ম মেনিরে ॥৯॥
অয়ং স পুরুষব্যাঘ্রো রণে বসুপরাক্রমঃ। যস্য বাহুবলং প্রাপ্য ন ভবন্ত্যসুহৃদ্‌গণাঃ ॥১০॥
ইতি বাচং ব্রবন্ত্যস্তাঃ স্ত্রিয়ঃ প্রেম্ণা নরাধিপম্। তুষ্টুবুঃ পুষ্পবৃষ্টীশ্চ সসৃজুস্তস্য মূর্দ্ধনি ॥১১॥
তত্র তত্র চ বিপ্রেন্দ্রৈঃ স্তূয়মানঃ সমন্ততঃ। নির্যযৌ পরমপ্রীত্যা বনং মৃগজিঘাংসয়া ॥১২॥
তং দেবরাজপ্রতিমং মত্তবারণধূর্গতম্। দ্বিজক্ষত্রিয়বিট্‌শূদ্রা নির্যান্তমনুজগ্মিরে ॥১৩॥
দদৃশুর্বর্দ্ধমানাভিরাশীর্ভিশ্চ জয়েন চ। সুদূরমনুজগ্মুস্তং পৌরজানপদাস্তথা ॥১৪॥
ন্যবর্ত্তন্ত ততঃ পশ্চাদনুজ্ঞাতা নৃপেণ হ। সুপর্ণপ্রতিমেনাথ রথেন বসুধাধিপঃ ॥১৫॥

---

অসুম হায়না চৎলকপা মতমদা লানমিশিংগী সিংহনাদগী খোঞ্জেল, পুংজাউ অমদি মোইবুংগী মখোল, শগোল-শামুশিংগী খেক লাওবগী খোঞ্জেল, রথ চাকাশিংগী তরুবগী মখোল, মখল মখা অয়ান্বা ফিজোল্লা লৈতেংলবা খুৎলাই পাযবা অকনবশিংগী অকি-অখং লৈতনা লাউবকপগী খোঞ্জেননা, শগোলশিংনা খেরুকপগী অযাকপা খোঞ্জেননা অমসুং অকনবশিং অদুগী নোংশাগী খোল্লাউগী মতৌগুম লাউরকপা খোঞ্জেল পূমনমক অসিনা অমতা ওইখিন্না অকিবগী মশক ফংলবা ইনিল অমা পোকখি ॥৪—৭॥ খুল খুলগী নুপী নহাশিংনা ফুবা, চেকপল মতোন কাদুনা ওন্থোকনা মুঙায়ববা নিংথিজরবা কুম্মৈ অমা লাক্লে হাযদুনা থোবকতুনা মিংচৎ চাউরবা, কল্লবা, দুষ্মন্তবু য়েংনরক্লে ॥৮॥ মতম অদুদা মমিৎ কুপ্তুনা য়েংলিবী নুপীশিংনা য়েক্কবগী শগোল শামু লানমিশিংবু থিংবা ঙম্লবা, যেরুবা তুম্না হাৎঙম্লবা ইন্দ্রগা মান্নববা নিংথৌ অদুবু উরগা থাঙ্গৈশেংবা ইন্দ্রমকনি হায়না খনখি ॥৯॥ লানদা বসুগা মান্নবা থুৎকল পাঙ্গল্লবা মহাপুরুষ ওইবা দুষ্মন্ত নিংথৌনি; মহাককী পান্থোমগী পাঙ্গনবু উবগা অতোপ অতোপ্পা নিংথৌশিংনা মাগা শীংনবা অমদি যেরুবদা মথৌনা ফবা ঙমদে ॥১০॥

অসুম হায়না নুপীশিংনা থব্বাই হকচাং অমতা ওইনা নিংথৌবু থাগৎখি; ফুরা চেকপল মথক-তগী লৈগী খুজোক খুজোক চাইথখি ॥১১। মাযকৈ মখিমক্তুগী ব্রাহ্মণশিংনা চেনশিল্লকতুনা নিংথৌগী আশীর্বাদ স্তুতিনচিংবা তৌখি, মতৌ অসুমনা মফম খুদিংদা মঙ্গল-স্বাগত ফংতুনা যামনা মথম্বাই হুভায়না মৃগয়াগী দমক্তা হুম্মস্তুনা ময়াম্সু তবাম তরাম তৌরম তৌরমদুনা বন অদুদা চংখি ॥১২॥ নিং-থৌনা ময়াই কারবা শামুগী মথক্তা তোংহনা চৎপা অতমক্তি ইন্দ্রমক ওইনা উরম্মি; মতম অদুদা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অমদি শূদ্রশিংনা তুং ইন্না ইন্না চৎখি ॥১৩॥ নগরদা অমদি মেপদা লৈবা মী পূমনমকনা চাউখৎপা মঙ্গল ওইবা ব্রাহৈনা থল্লবা আশীর্বাদ অমদি জয়ধ্বনিগী খোল্লাউনা লাউর-লাউরদুনা নিংথৌদা মিৎ কুপ্তুনা য়েংনখি, অদুগা য়ামনা লাপনা নিংথৌগী তুং ইন্নখি ॥১৪॥ অদুগী

মহীমাপূরয়ামাস ঘোষেণ ত্রিদিবং তথা । স গচ্ছন্ দদৃশে ধীমান্ নন্দনপ্রতিমং বনম্ ।।১৬।।
বিল্বার্কখদিরাকীর্ণং কপিত্থধবসঙ্কুলম্ । বিষমং পর্বতপ্রস্থৈরশ্মভিশ্চ সমাবৃতম্ ।।১৭।।
নির্জলং নির্মনুষ্যঞ্চ বহুযোজনমায়তম্ । মৃগসিংহৈর্বৃতং ঘোরৈরন্যৈশ্চাপি বনেচরৈঃ ।।১৮।।
তদ্বনং মনুজব্যাঘ্রঃ সভৃত্যবলবাহনঃ । লোড়য়ামাস দুষ্মন্তঃ সূদয়ন্ বিবিধান্ মৃগান্ ।।১৯।।
বাণগোচরসংপ্রাপ্তাংস্তত্র ব্যাঘ্রগণান্ বহূন্ । পাতয়ামাস দুষ্মন্তো নির্বিভেদ চ সায়কৈঃ ।।২০।।
দূরস্থান্ সায়কৈঃ কাংশ্চিদভিনৎ স নরাধিপঃ । অভ্যাসমাগতান্ কাংশ্চিৎ খড়্গেন নিরকৃন্তত ।।২১।।
কাংশ্চিদেণান্ সমাজঘ্নে শক্ত্যা শক্তিমতাং বরঃ । গদামণ্ডলতত্ত্বজ্ঞশ্চচারামিতবিক্রমঃ ।।২২।।
তোমরৈরসিভিশ্চাপি গদামুসলকম্পনৈঃ । চচার স বিনিঘ্নন্ বৈ বন্যাংস্তত্র মৃগদ্বিজান্ ।।২৩।।
রাজ্ঞা চাদ্ভুতবীর্যেণ যোধৈশ্চ সমরপ্রিয়ৈঃ । লোড্যমানং মহারণ্যং তত্যজুঃ স্ম মৃগাধিপাঃ ।।২৪।।
তত্র বিদ্রুতযূথানি হতযূথপতীনি চ । মৃগযূথান্যথৌৎসুক্যাচ্ছব্দং চক্রুস্ততস্ততঃ ।।২৫।।
শুষ্কাশ্চাপি নদীর্গত্বা জলনৈরাশ্যকর্শিতাঃ । ব্যায়ামক্লান্তহৃদয়াঃ পতন্তি স্ম বিচেতসঃ ।।২৬।।

---

মতুংদা পুরবাসী অমদি বনবাসীশিং অদো নিংথৌগী যাথং মতুংইন্না নিংথৌদগী বিদায লৌদুনা লৈন-হৌই, অদুগী মতুংদা নিংথৌনা গকড়গা মান্নবা নিংথিববা চাউরবা বথদা তোংদুনা অমদি মাত্রগী খোঞ্জেলনা নোংমদোল লৈখা থন্না অসুম লাকপদা লাপতন্না নন্দন কাননগী মতৌ শুমনা নিংথিজরবা বন অমা উখি, বন অদুদা হরিখাগোক, উইল, উচাল, জাম, অঙ্গোৎ অসিনচিংবা হৈ লৈগী পামবী কয়ানা বন অদুদা হৌবম্মি; চীংদগী কিন্থবকপা মুংহুম মুংপাক কয়ানা বনগী লমদম্ অদু লৈকুৎ-লৈতোং নাইহল্লম্মি, ঈশিং লৈতে অমদি মী তাদে, বন অদু নোংশা, শজি অমদি অতোপ অতোপ্পা আকবগী মশক ফংলবা জীব জন্তু কয়ানা থন্না লৈরমই, যুথক কয়া পাক চাউরবা বননি ।।১৫-১৮।।

মীগী মনুংদা অথোইবা ওইরবা নিংথৌ দুষ্মন্তনা মনাই-মথল অমদি বাহনখিবিককা লোয়ননা মথল মথা অযাম্বা শা কযা তান্ন-তান্ননা হাৎলকপনা বন অদু মথক মথা ওনখি ।।১৯।। বন অদুদা লৈরিবা অয়াম্বা শা-কৈ থোরবা তেননা কাপল-কাপলদুনা হাৎখি অমদি শাথি-শাথিনা থাখি ।।২০।। অরাপ্পদা লৈবা শাশিংবু তেননা থাখি অদুগা থুৎথেংনবা অনকপা শা কযাবুনা থাংনা ককতুনা হাৎখি ।।২১।। শক্তি লৈরবা থৱাইগা মান্নদ্রবা মপাঙ্গল মথৌনানা মাগী ওইবা, গদা হাইবা অমদি গদাগী লানদা থোইনা হৈ-শিংলবা দুষ্মন্ত নিংথৌনা বনগী মফম পুমনমক্তা হঙ্গৎ হন্দা চৎতুনা তাদনন্থু শজি কয়া লাপ্পা লাপ্পা লংদুনা হাৎখি ।।২২।। তোমর, থাংশাং, গদা অমদি মুসলনচিংবনা শা-উচেক কয়া শিকার তৌদুনা বন অদুদা কোইচৎ চৎতুনা লৈখি ।।২৩।। অঙকপা ফংনা কল্লবা নিংথৌনা অমদি শান্‌লান পামলবা লানমীশিং অদুনা বন অদু অমুক্ত ওইনা মথক মথা ওলহনথরে; কৈ-নোংশা কয়ানা বন অদু থাদোকতুনা চেন্নখি ।।২৪।। শজি-শঙায় কয়ানা মাগী মাগী শল্লুপ শঙ্গুপুবা লুচিংবা কয়াবু হাৎখিবা অদুদা মায়কৈ মখিদা কায়দুনা চেনখি; অদুগা অতোপ অতোপ্পা শজি-শঙায় মপৈনা কির-দুনা অৱাবা খোঞ্জেলগা লোয়নদুনা মায়কৈ মখিদা কায়দুনা চেন্নখি ।।২৫।।

অদুগা শজি কয়া-কয়া হঙ্গৎ-হন্দা চেনবদা থাবদগী চোকথরদুনা, থৌরাংবনা কংলবা তুরেন্দা

ক্ষুৎপিপাসাপবীতাশ্চ শ্রান্তাশ্চ পতিতা ভুবি। কেচিত্তত্র নরব্যাঘ্রৈরভক্ষ্যন্ত বুভুক্ষিতৈঃ ॥২৭॥

কেচিদগ্নিমথোৎপাদ্য সংসাধ্য চ বনেচরাঃ। ভক্ষয়ন্তি স্ম মাংসানি প্রকুট্য বিধিবত্তদা ॥২৮॥

তত্র কেচিদ্গজা মত্তা বলিনঃ শস্ত্রবিক্ষতাঃ। সঙ্কোচ্যাগ্রকরান্ ভীতাঃ প্রাদ্রবন্তি স্ম বেগিতাঃ ॥২৯॥

শকৃন্মূত্রং সৃজন্তশ্চ ক্ষরন্তঃ শোণিতং বহু। বন্যা গজবরাস্তত্র মমৃদুর্মনুজান বহূন ॥৩০॥

তদ্বনং বলমেঘেন শরধারেণ সংবৃতম্। ব্যরোচত মৃগাকীর্ণং রাজ্ঞা হতমৃগাধিপম্ ॥৩১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি সম্ভবে
শাকুন্তলে ত্র্যশীতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥৮৩॥

—০ঃ০—

চংশিনখিদুনা, ঈশিং ফংদতুনা ব্রাস্থতুনা তুখি॥২৬॥ ব্রাস্থদুনা তুবিবা, অবাম খৌবাংবনা চোকথববা শজি কয়াবু, লাম্নবা মীগী মশক লৌববা কৈশিং অতুনা শেৎ শেত্তুনা চাখি॥২৭॥ লাম্মি কয়ানা শকদগী শজিশিংগী মহাউ মতোংশিং অদুবু কোৎথোক্তুনা, মৈ থাগত্তুনা নিংথিনা থোং থাকতুনা চানরকপা যাওরি॥২৮॥ চাউরবা কল্লবা মযাই কাববা শামু কযানা খুৎলাইনা পান্দুনা ইহং নাইহং শাক্লুনা, মনাতোন ভায়গত্তুনা, থুপতুনা যাম্না য়াংনা চেম্থোরুখি॥২৯॥ খুৎলাইনা থাবদা ব্রং চাউরবা বনগী শামু কয়াগী মশাদগী অতৎ অথম নাইদনা ঈগি মপৈ শিন্থখি, অসিগুম্বা অবস্থাদা মথি ময়ুং মকম খংদনা চেন্ন-চেন্না মী কয়াস্থ নেৎখাযরমহনা চেনখি॥৩০॥ নিংথৌনা মতৌ অস্তুম্না নোংশা কয়াবু হাৎখি; তেস্তুনা নোং ওইনা চুথহল্লবা লাম্মীগী মশক ওইরবা মুববা লৈচিল মপৈনা বন অস্থ ইমম মম্না কুপশ্ব; মতম অসিদা বন অস্থ অশিবা শাগী মশাতনা পুমথল থলখি॥৩১॥

মত্তাং অসিদা শ্রীমহাভারততা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদি
পর্ব্বদা সম্ভবতা শকুন্তলাদা মরিফুহুমদোই শুবা অধ্যায় লোইরে॥৮৩॥

—ঃ*ঃ—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদিপর্ব—সম্ভবে শাকুন্তলে

( মরিফুমরিশুবা অধ্যায় )

—:*:—

বৈশম্পায়ন উবাচ।

ততো মৃগসহস্রাণি হত্বা সবলবাহনঃ। রাজা মৃগপ্রসঙ্গেন বনমন্যদ্বিবেশ হ ॥১॥

এক এবোত্তমবলঃ ক্ষুৎপিপাসাশ্রমান্বিতঃ। স বনস্যান্তমাসাদ্য মহচ্ছূন্যং সমাসদৎ ॥২॥

তচ্চাপ্যতীত্য নৃপতিরুত্তমাশ্রমসংযুতম্। মনঃপ্রহ্লাদজননং দৃষ্টিরম্যমতীব চ ॥৩॥

শীতমারুতসংযুক্তং জগামান্যন্মহদ্বনম্। পুষ্পিতৈঃ পাদপৈঃ কীর্ণমতীব সুখশাদ্বলম্ ॥৪॥

বিপুলং মধুরারাবৈর্নাদিতং বিহগৈস্তথা। পুংস্কোকিলনিনাদৈশ্চ ঝিল্লীকগণনাদিতম্ ॥৫॥

প্রবৃদ্ধবিটপৈর্বৃক্ষৈঃ সুখচ্ছায়ৈঃ সমাবৃতম্। ষট্‌পদাঘূর্ণিততলং লক্ষ্ম্যা পরময়া যুতম্ ॥৬॥

নাপুষ্পঃ পাদপঃ কশ্চিন্নাফলো নাপি কণ্টকী। ষট্‌পদৈর্নাপ্যপাকীর্ণস্তস্মিন্ বৈ কাননেঽভবৎ ॥৭॥

বিহগৈর্নাদিতং পুষ্পৈরলঙ্কৃতমতীব চ। সর্ব্বর্ত্তুকুসুমৈর্বৃক্ষৈঃ সুখচ্ছায়ৈঃ সমাবৃতম্ ॥৮॥

---

বৈশম্পায়ণনা হায়খি— মতৌ অসুম তৌনা দুষ্মন্ত নিংথৌনা লান্মীগা লোয়ননা শক্তি-শঙাই লিশিং লিশিং হাৎতুনা. অদুগী মতুংদসু শজিশিং থিবকপদা অতোপ্পা বন অমগী মনুংদা অমুক চংখি ॥ ১ ॥ মপাঙ্গল চাউববা নিংথৌ অদো অরাম খৌরাংবনা থোইদোকনা চোকথবহনা মথন্তা কনাসু কনাসু য়াওদনা বন অদুগী চিক্লবা চিদাই অমদা থুংলুহনা পাক চাউরবা চিদাইদা লৈবা লমদম অমদা য়ৌখে, ॥ ২ ॥ লমদম অদুসু লাম্বোকখিহনা নিংথিজরবা বন অমাগী মনুংদা থুংখি ; বনগী মনুংদা মুনিশিংগী আশ্রয় লৈরমমি, ঈংলবা নামিবা নুংশিৎনা লিরি লিরি হুন্নমমি, হরিনোংনাংশিংনা উথক্লা তত্তনা খোংলম্মি, মথল মথা অযাম্বা উচেক শিংনা উগী ফৈরাথক্তা তোংহনা শুংশিনা ইশৈ শক্লম্মি, কোকিলশিংনা কুহূ কুহূ হায়ন মঙাশুবা খোম্বাংদা খোংঙি. মনা মপালনা থল্লবা উপাম্বী কযা পরেং পরেং হৌরাম্মি, শাৎলিবা মপালশিং অদুগী মখাদা খোইমুগী মপৈনা হঙ্গৎ হন্দা কোইরাং লাংঙি চাউরবা উপাম্বীশিংগী পাক চাউনা শন্দোক্লবা মরুম্না জীব পূম্নমক্কী পোখাফম পিহনা হংঙাইবা পোকহল্লি, পুমনমক অসিগী মখাদা শংবাম্নরবা, নোরবা নাপীগী মপৈনা বন-ভুমি অদুবু কুপ্তুনা থনমই অসিগুম্বা বন অসিবু মথক্তা হারখিব্রা ময়াম অসিনা থোইনা নিংথিজহল্লমই ॥ ৩—৬ ॥ বন অদুগী মনুংদা হেক হৌরিবা উপাম্বী মখে মহৈ য়ান্দবা মপাল শাত্তবা অমদি তিংখং য়ামনা পানবা অমতমক য়াওরমদে। অদুগা খোইমুশিংনা উপাম্বীশিংদা তোংদবা থক তৌখিদে ॥ ৭ ॥ বন অদুদা হৌরিবা উপাম্বী পূমনমক ঋতু পুমনমক্তা শাৎপা মপালনা থল্লবা, খোইমুশিংনা অতৎ অথম লৈতনা ঙংলিবা

মনোরমং সহযাত্রো বিবেশ বনমুত্তমম্। মারুতাকলিতাস্তত্র দ্রুমাঃ কুসুমশালিনঃ ॥৯॥
পুষ্পবৃষ্টিং বিচিত্রাস্তু ব্যসৃজংস্তে পুনঃ পুনঃ। দিবস্পৃশোহথ সংঘুষ্টাঃ পক্ষিভির্মধুরস্বনৈঃ ॥১০॥
বিরেজুঃ পাদপাস্তত্র বিচিত্রকুসুমাম্বরাঃ। তেষাং তত্র প্রবালেষু পুষ্পভারাবনামিষু ॥১১॥
রুবন্তি রাবান্ মধুরান্ ষট্পদা মধুলিপ্সবঃ। তত্র প্রদেশাংশ্চ বহূন্ কুসুমোৎকরমণ্ডিতান্ ॥১২॥
লতাগৃহপরিক্ষিপ্তান্ মনসঃ প্রীতিবর্দ্ধনান্। সম্পশ্যন্ সুমহাতেজা বভূব মুদিতস্তদা ॥১৩॥
পরস্পরাশ্লিষ্টশাখৈঃ পাদপৈঃ কুসুমাচিতৈঃ। অশোভত বনং তত্তু মাহেন্দ্রধ্বজসন্নিভৈঃ ॥১৪॥
সিদ্ধচারণসংঘৈশ্চ গন্ধর্বাপ্সরসাং গণৈঃ। সেবিতং বনমত্যর্থং মত্তবানরকিন্নরৈঃ ॥১৫॥
সুখঃ শীতঃ সুগন্ধী চ পুষ্পরেণুবহোহনিলঃ। পরিক্রামন্ বনে বৃক্ষান্ উপৈতীব রিরংসয়া ॥১৬॥
এবংগুণসমাযুক্তং দদর্শ স বনং নৃপঃ। নদীকচ্ছোদ্ভবং কান্তমুচ্ছ্রিতধ্বজসন্নিভম্ ॥১৭॥
প্রেক্ষমাণো বনং তত্তু সুপ্রহৃষ্টবিহঙ্গমম্। আশ্রমপ্রবরং রম্যং দদর্শ চ মনোরমম্ ॥১৮॥
নানাবৃক্ষসমাকীর্ণং সংপ্রজ্বলিতপাবকম্। তং তদাপ্রতিমং শ্রীমানাশ্রমং প্রত্যপূজয়ৎ ॥১৯॥

---

অমদি মথল মথা অমাম্বা উচেকশিংগী খোঞ্জেল্লা থল্লবা, অল্বা পোত্থাবা মীশিংদা নুংঙাযব' মকম পিব-বা মক্তুনি; অসিগুম্বা হৈপাল লৈপাললা থললবা নিংথিজরবা বন অতুদা অচৌবা লাকং পাইবরা বন থৌবরা দুষ্মন্ত নিংথৌনা বন অহগী মনুংদা চংখি। মনম নুংশিবরা হৈ লৈনা থললবা উপাম্বী পবেং পবেংনা নুংশিংনা যৈবদা হায হুম্না নিংথৌ অতুগী কোকথক্তা লৈ থুজোক খিকথরি। খিক্লিঙৈ মতম অতুদা ৱাংল ৱাংলবা উপাম্বীশিংনা উচেকশিংগী খোঞ্জেলনা মরম ওইহনা মঙ্গলগী ইশৈ শকখি ॥ ৮—১০ ॥

উপাম্বী অয়াম্বগী নৌরবা উনা পুম্নমক মপাল মহৈনা মক্ল লোইনা লুচই, অহগা মপালশিং অতুনা আকাশরোমদা থিঙ্গৎ থিঙ্গৎতুনা বন অতুবু লৈতেংলমই, লৈহা পাম্বা খোইমুগা মপেলা নুংশিবা ইশৈ শক্ল শক্লহুনা লৈহী চুপকদোবগী কোয কোয়না পায়রমই। বন অহগী মফম খুদিংদা উরি ৱারি-না যেংশিল্লবা কুঞ্জ কয়া লৈরমই, উরিশিং অহদসু লৈ মথল মথা পুক্লিং হুনবগী মশকনি। নিংথৌ দুষ্মন্তগী পুক্লিংদা মফম পুম্নমক্তুবু উবদা নুংঙায়বা পোকখি ॥ ১১—১৩ ॥ উপাম্বী অয়াম্বা ইন্দ্রগী ফিরানগী মতৌগুম ৱাংনা হাই হুমনা লৈরমই, মনা-মপালনা থল্লবা মশা মরেংনা অমগা অমগা য়েৎ-শিল্লবমই, মাতুনসু অমুক বনগী থোইদোকপা লৈতেং অমা ওইবমই ॥ ১৪ ॥ সিদ্ধ, চারণ, গন্ধর্ব্ব, অপ্সরা, যোংগী মথল মথল অমদি কিন্নরশিংনা বনগী মফম পুম্নমক্তা কোয়চৎ চত্তুনা লৈরমই ॥১৫॥ হচাংদা যৈবদা নুংঙায়বা পিরবা,- ঈংলবা অমদি মনম নুংশিরবা লৈস্নিক পুরবা নাম্বিবা নুংশিৎনা মযম পুম্নমক্তা কোযচং চত্তুনা শান্নগদোবগী উথা উথাদা লৈশিন্দুনা লৈরি ॥১৬॥ নিংথৌ দুষ্মন্তনা অমুম ওইবা নিংথবা খিবিক্লা থল্লবা চাউরবা তুরেনগী মপান্দা লৈবা, মীগী খুংশেম চংলনা মহোশাগী ফজরবা অমদি ইন্দ্রগী ফিরানগী মতৌগুম্বা ৱাংলবা বন অতুবু য়েংতুনা লৈখি ॥১৭॥ মহাক্না বন অতুবু য়েংনা য়েংনা লাপ্তুকনা নিংথিজরবা আশ্রম অমবুং উখি; আশ্রমগী অকোয়বদা মথল্লাই নুংঙাযবা মরু খিংলবা উচেকশিংনা উশা উশাদা জোংহুনা লৈরমই ॥ ১৮ ॥

আশ্রম অতু যুক্ত ফজরবা উপাম্বী ময়াম্বা ইকোয় কোয়না লৈরমই, মরক অতুদা মঙ্গলগী মেরি

যতিভির্বালখিল্যৈশ্চ বৃতং মুনিগণান্বিতম্। অগ্ন্যাগারৈশ্চ বহুভিঃ পুষ্পসংস্তরসংবৃতম্ ॥২০॥
মহাকচ্ছৈর্বৃহদ্ভিশ্চ বিভ্রাজিতমতীব চ। মালিনীমভিতো রাজন্! নদীং পুণ্যাং সুখোদকাম্ ॥২১॥
নৈকপক্ষিগণাকীর্ণাং তপোধনমনোরমাম্। তত্র ব্যালমৃগান্ সৌম্যান্ পশ্যন্ প্রীতিমবাপ সঃ ॥২২॥
তঞ্চাপ্রতিরথঃ শ্রীমানাশ্রমং প্রত্যপদ্যত। দেবলোকপ্রতীকাশং সর্ব্বতঃ সুমনোহরম্ ॥২৩॥
নদীঞ্চাশ্রমসংশ্লিষ্টাং পুণ্যতোয়াং দদর্শ সঃ। সর্ব্বপ্রাণভৃতাং তত্র জননীমিব বিষ্ঠিতাম্ ॥২৪॥
সচক্রবাকপুলিনাং পুষ্পফেনপ্রবাহিনীম্। সকিন্নরগণাবাসাং বানরর্ক্ষনিষেবিতাম্ ॥২৫॥
পুণ্যস্বাধ্যায়সংঘুষ্টাং পুলিনৈরুপশোভিতাম্। মত্তবারণশার্দ্দূলভুজগেন্দ্রনিষেবিতাম্ ॥২৬॥
তস্যাস্তীরে ভগবতঃ কাশ্যপস্য মহাত্মনঃ। আশ্রমপ্রবরং রম্যং মহর্ষিগণসেবিতম্ ॥২৭॥
নদীমাশ্রমসম্বদ্ধাং দৃষ্ট্বাশ্রমপদং তথা। চকারাভিপ্রবেশায় মতিং স নৃপতিস্তদা ॥২৮॥

---

মথুনা তৎতনা কাবমই, ইন্দ্রিয় থুত্নম চল্লবা বাল্যখিলশিংনা অমদি অতোপ অতোপ্পা মুনিশিংনা থল্লা লৈবা আশ্রমনি। আশ্রমগী মফম মফম থুদিংদা যজ্ঞগী শং কযা লৈরমই, অদুগা যজ্ঞ শংশিং অদুদা উনা-লৈনাগী আসনতনা পাকনা থারমই। হাযবিবা আশ্রম অসি শেংলবা অমদি লুববা ঈশিংতনা থল্লা লৈববী মালিনী কৌবী তুরেনগী মপান্দনি। মহারাজ! তুরেন অসিগী ঈশিং অসিনা বন অদুগী লম তযাম্বা বুপ্পুনা শাংনা চেল্লমই, মখল মখা অয়াম্বা উচেকশিংনা তুরেন অদুদা কাতু কাবন পাম্বরমই তপস্বীশিংনা স্নান তোগে হাযদুনা হঙ্গৎ হন্দা চংলমই, অদুগা কৈনচিংবা শাক্লিংচাবা শা করানা শান্ত স্বভাব-ওইনা তুমিন তুমিন কুন্দুনা লৈরমই। পৃদ্মমক অসি উবদা নিংথৌ অদুগী পুকনিংদা থোইদোকনা অমদি মংঙায়বা অপেনবা ওইখি ॥ ১৯—২২ ॥ গুণ পূন্নমক্তা অদুগা মলা লৈরেবা নিংথৌ তুম্মন্তদো অসুম চংশিনখিদুনা দেবলোকক মানবা নিংথিজরবা অমদি পুকনিং হুনবলী মশক ওইরবা আশ্রম অদুগা নাকচিদা থুংঙরে ॥ ২৩ ॥

মফম অদু য়েংরগা করি উবগে হায়বদু—আশ্রমগী মঙ্গালা পুণ্য চেনবা, সেংলবা ঈশিংনা থল্লবী মালিনী কৌবী তুরেননা ভগ্ন-ভগ্না চেল্লি; মফম অদুদা লৈবা জাইবং মীদিংগী জীব পুন্নমক্কী অমৃত পীনবী মমাগী মতোংগুম লৈবগুম উই; তুরেন অদুগী চাংজো অনিমক্তা অন্ধ থঙোং লাবা-অমোমশিংনা কোয়চহ চৎতুনা শান্নবী; ঈচেলগী মথক্তা যজ্ঞগী চেং থোইদিং লৈনচিংবগা লোয়নন কোঙোল মযামনা তাউথবী, তোর্ব্বান অদুগী করি করিগুম্বা মফমদা কিন্নরশিংগী মমুম লাপ্ন-লাপ্না ভাবদু উই, অসুম য়েংশিনখিবদা মফম মফমদা য়োং অমদি শওমশিংনা তুবহ তুবহ চৎপদু উই, মফম অমদনা মল্লাই কারবা শামু, অকিবা ফংলবা কৈ, অমদি অকিবগী মশক ওইবা, মহু কল্লবা লিলশিংনা লৈবদু উই, মখোয়শিং অসিগী মরক্তগী শেংলবা ময়েক লারবা বেদ পাঠগী খোঞ্জেলদু তাম্না লাকলি অসিগুম্বা তুরেনবু নিংথৌনা য়েংদুনা লৈখি ॥২৪—২৬॥ মালিনী কৌবী তুরেন অসিগী তোর্ব্বান্দা মহর্ষি কণ্ব মুনিগী য়েংবদা পুক্নিং হুনবগী মশক ওইরবা আশ্রম লৈরি; মাতুদা মহর্ষি অতোপ-অতোপ্পসু য়াম্না কমদুনা লৈরি; হায়রিবা আশ্রম অসিগী খোংথাদা মালিনী কৌবী তুরেনদো, আশ্রমগী খোং হ্নমবিগে মতাগুম, আশ্রমলোমদা ভগ্ন-ভগ্না চেলশিল্লি, অদুগা আশ্রমগী অকোয়দা লৈরিবা লমদমশিং

অলঙ্কৃতং দ্বীপবত্যা মালিন্যা রম্যতীরয়া। নরনারায়ণস্থানং গঙ্গয়েবোপসেবিতম্ ॥২৯॥
মত্তবর্হিণসংঘুষ্টং প্রবিবেশ মহদ্বনম্। তৎ স চৈত্ররথপ্রখ্যং সমুপেত্য নরর্ষভঃ ॥৩০॥
অতীব গুণসম্পন্নমনির্দ্দেশ্যঞ্চ বর্চ্চসা। মহর্ষিং কাশ্যপং দ্রষ্টুমথ কণ্বং তপোধনম্ ॥৩১॥
ধ্বজিনীমশ্বসংবাধাং পদাতিগজসঙ্কুলাম্। অবস্থাপ্য বনদ্বারি সেনামিদমুবাচ সঃ ॥৩২॥
মুনিং বিরজসং দ্রষ্টুং গমিষ্যামি তপোধনম্। কাশ্যপং স্থীয়তামত্র যাবদাগমনং মম ॥৩৩॥
তদ্বনং নন্দনপ্রখ্যমাসাদ্য মনুজেশ্বরঃ। ক্ষুৎপিপাসে জহৌ রাজা মুদঞ্চাবাপ পুষ্কলাম্ ॥৩৪॥
সামাত্যো রাজলিঙ্গানি সোঽপনীয় নরাধিপঃ। পুরোহিতসহায়শ্চ জগামাশ্রমমুত্তমম্ ॥৩৫॥
দিদৃক্ষুস্তত্র তমৃষিং তপোরাশিমথাব্যয়ম্। ব্রহ্মলোকপ্রতীকাশমাশ্রমং সোঽভিবীক্ষ্য চ ॥৩৬॥
ষট্পদোদ্গীতসংঘুষ্টং নানাদ্বিজগণাযুতম্। বিস্ময়োৎফুল্লনয়না রাজা প্রীতো বভূব হ ॥৩৭॥
ঋচো বহ্বৃচমুখ্যৈশ্চ প্রের্য্যমাণপদক্রমাঃ। শুশ্রাব মনুজব্যাঘ্রো বিততেষ্বিহ কর্ম্মসু ॥৩৮॥
যজ্ঞবিদ্যাঙ্গবিদ্ভিশ্চ যজুর্বিদ্ভিশ্চ শোভিতম্। মধুরৈঃ সামগীতৈশ্চ ঋষিভির্নিয়তব্রতৈঃ ॥৩৯॥

---

অদো মুমিৎ চুপপা ইশংদা শংদুনা লৈবনা ওস্থোক্লা নিংথিজে; পুমনমকসি উবদা নিংথৌদো, আশ্রম অদুদা চংঙ্গে হায়না খল্লি ॥২৭—২৮॥

নিংথৌ কুবেরগী লৈকোলগী মতৌগুম নিংথিজরবা তপোবন অদুদা চংশিনখ্রে; ময়াইদা কারবা দ্বীপ লাবা অমোম্না থেক্ল-থেক্লা খোংলক্লি, গঙ্গা তুরেল্লা লৈতেংবা নর-নরায়ণ কৌবা ঋষিগী, তপো বনগী মতৌগুম ইথৎ মচা-মচানা নিংথিজরবী, মালিনী কৌবী তুরেননা তপোবন অদুবু লৈতেংদুনা লৈরম্মি ॥২৯—৩০॥ থোইদোক্লা মগুণ চেল্লবা, হায়ভমদবা তেজনা মাগী ওইবা, মহর্ষি কণ্ব মুনিবু উনগে হায়দুনা শগোল শামু অমদি খোংমীনা থল্লবা লাম্মিশিং অদুদা হায়রকই—অপাম্বা-অশাওবা লৈত্রবা মহর্ষি কণ্ব মুনিগী ঐ অহক দর্শন তৌকখিগে. ঐনা লাক্লিবা ফাওবা মফম অসিদা ভায়দুনা লৈরম্মু ॥৩১—৩৩॥ অসি হায়বমদুনা নিংথৌনা, ইন্দ্রগী নন্দন কাননগা মাননা নিংথিজরবা তপো বন অদুদা চংশিবদা অরাম খৌরাংবা পূম্বা কোকখিদুনা পুক্লিংদা থোইদোকনা নুংভাইবা পোকখি ॥৩৪॥ নিংথৌনা নিংথৌগী পোৎলোই শম্পোৎ, রাজ মুকুটনচিংবা পুম্নমক থনমদুনা, রাজ পুরোহিত অমদি মন্ত্রীশিং খবগা লোয়ননা নিংথিজরবা আশ্রম অদদা তপ্প-তপ্পা চংখি ॥৩৫॥ নিংথৌনা মত ম অসিদা পুন্সিরবা, তেজ মপেগী মূর্ত্তিগুম লৈরবা মহর্ষি কণ্ববু খুঙমগে হায়না নিংখি; মতুংদা, ব্রহ্ম লোকী মতৌগুম লৈরিবা আশ্রমবু উবদা নিংথৌ অদো মিৎ-না ইথক থকখ্রে, নুংভায়বগী চাংজৌ লৈখিদ্রে। মরমদি, আশ্রম অদুগী অকোয়বদা উচেক বায়া অমদি খোইমুশিংনা বেদ গানদা চপমাননা ঈশৈ শক্লম্মি, মরক অদুদা মতিক মগুণ চেল্লবা মখল মখলগী ব্রাহ্মণ জাৎ-জাৎ কোয়চৎ চম্নুনা লৈরম্মি ॥৩৬-৩৭॥

আশ্রম অদুদা মরাং কাইনা নিংথিনা যজ্ঞগী অনুষ্ঠাননা হৌগৎলক্লবদা, মকোক মকোক ওইবা ঋগ্বেদী ব্রাহ্মণশিংনা পদ ক্রম-ছন্দ কায়দনা হস্তককা লোয়ননা ঋগ্বেদ পাঠ তৌবা হৌই; নিংথৌনা ভুমিম্না তমদুনা তারি ॥৩৮॥ যজ্ঞগী বিদ্যাদা হৈশিংলবা, অঙ্গ শাস্ত্রদা চংখোল্লবা ব্রাহ্মণশিংনা, যজু-

ভারুণ্ডসামগীতাভিরথর্ব্বশিরসোদগতৈঃ। যতাত্মভিঃ সুনিয়তৈঃ শুশুভে স তদাশ্রম' ॥৪০॥
অথর্ব্ববেদপ্রবরাঃ পুগযজ্ঞিয়সামগাঃ। সংহিতামীরয়ন্তি স্ম পদক্রমযুতাং তু তে ॥৪১॥
শব্দসংস্কারসংযুক্তৈর্ব্রুবদ্ভিশ্চাপরৈর্দ্বিজৈঃ। নাদিতঃ স বভৌ শ্রীমান্ ব্রহ্মলোক ইবাপরঃ ॥৪২॥
যজ্ঞসংস্তরবিদ্ভিশ্চ ক্রমশিক্ষাবিশারদৈঃ। ন্যায়তত্ত্বাত্মবিজ্ঞান-সম্পন্নৈর্বেদপারগৈঃ ॥৪৩॥
নানাবাক্যসমাহার-সমবায়বিশারদৈঃ। বিশেষকার্য্যবিদ্ভিশ্চ মোক্ষধর্ম্মপরায়ণৈঃ ॥৪৪॥
স্থাপনাক্ষেপসিদ্ধান্ত-পরমার্থজ্ঞতাং গতৈঃ। শব্দচ্ছন্দোনিরুক্তজ্ঞৈঃ কালজ্ঞানবিশারদৈঃ ॥৪৫॥
দ্রব্যকর্ম্মগুণজ্ঞৈশ্চ কার্য্যকারণবেদিভিঃ। পক্ষিবানররুতজ্ঞৈশ্চ ব্যাসগ্রন্থসমাশ্রিতৈঃ ॥৪৬॥
নানাশাস্ত্রেষু মুখ্যৈশ্চ শুশ্রাব স্বনমীরিতম্। লোকায়তিকমুখ্যৈশ্চ সমন্তাদনুনাদিতম্ ॥৪৭॥
তত্র তত্র চ বিপ্রেন্দ্রান নিয়তান সংশিতব্রতান্। জপ হামপরান্ বিপ্রান্ দদর্শ পরবীরহা ॥৪৮॥
আসনানি বিচিত্রাণি রুচিরাণি মহীপতিঃ। প্রণাস্তাপহিতানি দৃষ্ট্বা বিস্ময়মগামং ॥৪৯॥

---

বেদী ব্রাহ্মণশিংনা অমস্তং ব্রত উপবাস কল্লবা মুংশিবা থোঞ্জেলনা সাম গান শকলিবা সামবেদী ব্রাহ্মণ শিংনা অকোযবদা ফমদুনা যজুর্বেদীগী লৈতেং ওইরম্মি ॥৩৯॥ ভারুণ্ড কৌবা সামবেদগী শরুক অদো অমদি অথর্ববেদগী অবোইবা শকক অদু পাঠ তৌবা মতমদা মুনি পূমনমক অহগী অমতা ওইবা থোন-জেলনা আশ্রম অদুগী সাত্ত্বিক গুণগী লৈতেং ওইবম্মি ॥৪০॥ অথোই অথোইবা অথর্ব্ববেদী অমদি সাম গান শকপা সামবেদী ব্রাহ্মণ মপৈনা পদ ক্রম ছন্দ যাউনা সংহিতা পাঠ তৌরম্মি ॥৪১॥ অতোপ অতোপ্পা ব্রাহ্মণ কয়ানা উদাত্ত, অনুদাত্ত, স্বরিত-স্বর কাযদনা হস্তককা লোযননা মন্ত্র উচ্চারণ তৌরম্মি, অদুমক্তনা আশ্রম অদো মর্ত্ত্যলোকতা লৈবা অনিশুবা ব্রহ্মলোকগুম নিংজবম্মি ॥৪২॥ যজ্ঞগী বিধি, যজ্ঞগী অঙ্গ পূননমক্কী তরু তরুনা মথং মনাও কায়দনা তৌবা বিধান, শিক্ষা শাস্ত্র, ন্যায় দর্শন, উপনিষদ্ অমদি বেদশাস্ত্র অয়াম্বদা চংখোল্লা খংলবা ব্রাহ্মণশিংনা শব্দগী, অর্থগী বিচারদা অমদি অতোপ অতোপ্পা বেদগী কর্ম্মদা, অতোপ্পা বেদচংপাশিংগী মাগী মাগী অধিকারগী ব্যবস্থা পীবদা শিংলবা, ধ্যান উপাসনা-নচিংবা অয়াম্বা কর্ম্মদা পুক্নিং চংলবা, ব্রাহ্মণশিংনা অমদি পঞ্চাঙ্গগী, জ্যোতিষগী বিচারদা জ্ঞান লৈ-রবা, ব্যাকরণ, ছন্দ, নিরুক্ত অমদি জ্যোতিষশাস্ত্রগী তত্ত্ব খংলবা ব্রাহ্মণশিংনা রসায়ণ বিদ্যাদা চংখোল্লবা, আয়ুর্বেদ অমদি কাকনচিংবা শা উচেককী মখোল খংলবা, খ্রাংলবা, থারবা লাইরিক মপৈ মপৈনা— মমাংদা থিল্লবা ব্রাহ্মণশিংনা, অসি নত্তবা কামশাস্ত্রনচিংবা অতৈ অতৈ বিদ্যাবু মুল্লা খংলবা ব্রাহ্মণশিং অদুনা অমগা অমগা শাস্ত্রগী অর্থ নৈনদুনা শাস্ত্রার্থ তৌনরকই ; মখোযগা লোয়ননা ঈশ্বর লৈতে হায়বা নিরাকারবাদী নাস্তিকশিংগসু মরৈ রেৎনরমই ; পূমনমক অসি নিংথৌনা ফম্না ফম্না তাবম্মি ॥৪৩—৪৭॥

য়েরুবা ওয়বা বুখস্ত নিংথৌনা আশ্রমগী অতোপ অতোপপা মফমদসু কনা কনাগুম্বনা ধ্যান, কনা কনাগুম্বনা জপ, অদুগা কনা কনাগুম্বনা হোম তৌত্তনা মযাম লাংভিবা অদুদা ইযাও য়াওদনা মাগী মাগী মথৌদা পুক্নিং চংদুনা লৈরম্বসু উই ॥৪৮॥ মথল মথা অয়াম্বা ফজ ফজরবা আসন কয়া চেক-

দেবতায়তনানাঞ্চ প্রেক্ষ্য পূজাং কৃতাং দ্বিজৈঃ। ব্রহ্মলোকস্থমাত্মানং মেনে স নৃপসত্তমঃ ॥৫০॥

স কাশ্যপতপোগুপ্তমাশ্রমপ্রবরং শুভম্। নাতৃপ্যৎ প্রেক্ষমাণো বৈ তপোবনগুণৈর্যুতম্ ॥৫১॥

স কাশ্যপস্যায়তনং মহাব্রতৈর্বৃতং সমন্তাদৃষিভিস্তপোধনৈঃ।

বিবেশ সামাত্যপুরোহিতোঽরিহা বিবিক্তমত্যর্থমনোহরং শুভম্ ॥৫২॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

সম্ভবে শাকুন্তলে চতুরশীতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

——০)——

শিন্না নিংথিনা থাস্থনা লৈবহু উবদা নিংথৌগী পুকনিংদা থোইদোকনা মুক্তাইবা অমদি অভকপা পোকখি ॥৪৯॥ ব্রাহ্মণশিংনা দেবমন্দিব খিবিকপু তশেং-তশেংনা. তক-তবনা থম্বা অহু উবদা নিংথৌ অহু মশামক ব্রহ্মলোকতা থুংলববোরে হায়না খনখি ॥৫০॥ মহর্ষি কণ্বগী নিংথিনা শেম-শাগনা থম্বা, য়েং-বদা মঙ্গল-মশক ওইববা তপোবন, অহুগা গুণ পুমনমক অসনা তিন্নবা আশ্রম অহুবু উবদা নিংথৌগী পুক্লিংদা য়েংবগী অপেনবা নাযখিদরে ॥৫১॥ মতম অহদা নিংথৌনা মন্ত্রীশিং অমদি রাজপুরোহিত শিংগা লোযননা মহর্ষি কণ্বগী লৈফমদা চংশিনখি ; মফম অহদা ব্রত কল্লবা অমদি তপস্যা কল্লবা ঋষিশিংনা তুমিন্ তুমিন্ ফমহনা লৈরম্মি ; মফম অহদা ওস্থোকনা শেংলবা থোইদোকনা পুক্লিং হুন-বগী মশক ওইরবা মহামঙ্গলগী মশকনি ॥৫২॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারততা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতা আদিপর্ব্বদা সম্ভবতা শকুন্তলাদা মরিফুমরি শুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

—:০:—

# শ্রীমহাভারতম্।

## আদি পর্ব্ব— সম্ভবে শকুন্তলে

(মরিফু মঙাশুবা অধ্যায়ঃ)

——:(০):——

বৈশম্পায়ন উবাচ।

ততো গচ্ছন্ মহাবাহুরেকোঽমাত্যান্ বিসৃজ্য তান্। নাপশ্যদাশ্রমে তস্মিংস্তমৃষিং সংশিতব্রতম্ ॥১॥

সোঽপশ্যমানস্তমৃষিং শূন্যং দৃষ্ট্বা তমাশ্রমম্। উবাচ ক ইহেত্যুচ্চৈর্বনং সন্নাদয়ন্নিব ॥২॥

বৈশম্পায়ননা হায়খি— অহুগী মতুংদা নিংথৌনা রাজপুরোহিত অমদি মন্ত্রীশিংবু থাদগদুনা মহাত্মা আশ্রমদা চংখিবদু মহর্ষি কণ্বদি লৈরমদরে ॥১॥ মহা[illegible] উবদা আশ্রম অদুদা কানানা লৈতবা

শ্রুত্বাঽথ তস্য তং শব্দং কন্যা শ্রীরিব রূপিণী। নিশ্চক্রামাশ্রমাত্তাপসীবেষধারিণী ॥৩॥
সা তং দৃষ্ট্বৈব রাজানং দুষ্মন্তমসিতেক্ষণা। স্বাগতং ত ইতি ক্ষিপ্রমুবাচ প্রতিপূজ্য চ ॥৪॥
আসনেনার্চ্চয়িত্বা চ পাদ্যেনার্ঘ্যেণ চৈব হি। পপ্রচ্ছানাময়ং রাজন্! কুশলঞ্চ নরাধিপম্ ॥৫॥
যথাবদর্চ্চয়িত্বাথ পৃষ্ট্বা চানাময়ং তদা। উবাচ স্ময়মানেব কিং কার্য্যং ক্রিয়তামিতি ॥৬॥
তামব্রবীত্ততো রাজা কন্যাং মধুরভাষিণীম্। দৃষ্ট্বা চৈবানবদ্যাঙ্গীং যথাবৎ প্রতিপূজিতঃ ॥৭॥
আগতোঽহং মহাভাগমৃষিং কণ্বমুপাসিতুম্। ক গতো ভগবান্ ভদ্রে! তন্মমাচক্ষ্ব শোভনে! ॥৮॥

শকুন্তলোবাচ।

গতঃ পিতা মে ভগবান ফলান্যাহর্ত্তুমাশ্রমাৎ। মুহূর্ত্তং সম্প্রতীক্ষস্ব দ্রষ্টাস্যেনমুপাগতম ॥৯॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

অপশ্যমানস্তমৃষিং তথা চোক্তস্তয়া চ সঃ। তাং দৃষ্ট্বা চ বরারোহাং শ্রীমতীং চারুহাসিনীম্ ॥১০॥
বিভ্রাজমানাং বপুষা তপসা চ দমেন চ। রূপযৌবনসম্পন্নামিত্যুবাচ মহীপতিঃ ॥১১॥

---

উবদা খোঙ্গেল ৱাংনা কনা কনা লৈবগে? অস্মুম হায়না নিংথৌগী লুম্লবা লেম্লবা খোঙ্গেল অদুনা তপো-বন অদু ইনিল হেক নিল্লি ॥২॥ অদুগী মতুংদা নিংথৌগী খোঙ্গেল অদু তাবদা লক্ষ্মীগী মতৌগুম্লবী ফজবা নিংথিবা হায়বা অদুনা মূর্ত্তি নাইনা চোংথোবককুন্দী কন্যা অমতং তপস্বিনীগী বেশদা আশ্রম অদুগী মনুংদগী হেক থোরকই ॥৩॥ মিৎভোরুনববী মিৎলু মুরবী কন্যা অদুনা নিংথৌ দুষ্মন্তবু উবদা "মুংঙাইরনা অপনবা লৈতনা লেংবিরকইদনকো" অস্মুম হায়না ইফিং-ফিংনা হংখি ॥৪॥ মহারাজ জন-মেজয়! কন্যা অদুনা নিংথৌ দুষ্মন্তদা আসন, খনগী চাবা-থকপা যাবা উহৈ-ৱাহৈ, খোং শেংদোকনবা ঈশিংনচিংবা পুর্থোরকই; অদুগী মতুংদা— "সনা-হকচাং ঈবনচিংবা অম্বা-অনাদি লৈতেদনা? লৈবাক্কী প্রজা পূমমক্কী মঙ্গল ওইরিদনকো?" ॥৫॥ নিংথৌদা চৎকদবা লমচৎ ৱাভাং-খোন্দা মতিকচাবা সম্মান উৎতুনা অনা-অয়েক লৈতবগী ৱা অমা'নি হংলগা ভোরবা য়াতোন উৎতুনা মোমোন নোকপা মিনোক্লা "করি সেবা তৌগনি আশ্রমদা লেংলকপদি?" ॥৬॥ অদুগী মতুংদা মতিকচাবা সম্মান ফংলবা— নিংথৌনা ৱাহৈ-ৱাতা থুম্লবী অমদি হকচাং কায়াৎ খুদিংদা দোষ লৈতনা ফজবী, কন্যাদা হংগৎনা য়েংদুনা অস্মুম হায়না থুম্লকই ॥৭॥ ইবেম্মা ফজবী! মহর্ষি কণ্বগী দর্শন সেবা ফংজনিংদুনা আশ্রম'সিদা লাকচরনি, পাক্তম লৈতনা নিংথিবী! মুনিবু কদোমদা লেংখিরগে? ঐভোন্দা অমুক্তা হায়বিয়ু ॥৮॥

শকুন্তলানা হায়রকই— ঐগী পোকপা ইপাদো, উহৈ থিবা চৎখরি, হৌজিক আশ্রমদা লৈতে; অহাক্তা ভাইবিখো মহাকপু, লাক্লগা উনবিরমখো ॥৯॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি— নিংথৌনা কণ্ব মুনিবু উনবা ফংখিদ্রে, শকুন্তলানা মিৎ থদুনা, খুনিং কাংদুনা মহর্ষিবু লাংতক্নবা ভাইদুনা লৈখি; অসোমদা শাগংশাদা ফজরবী, থোইদোকনা নিংখিজরবা মিংচু অনিনা ওইরবী, হকচাংগী কুচুনমু নিংথৌগী পুক্নিং হুরবী, মোমোন নোকপা মিনোক অমদি মিচিনা হাইরম য়েংলকপা, মথোং কায়কপগী অয়ৌবা শক-থম্বা নিরবী অমদি হকচাংগী মৌনবী গুণ পূমমক্না লৈতেংলবী অমদি ইন্দ্রিয় খুদুম চন্দুনা তপস্যা তৌবনা হকচাংগী কায়াৎ কান্তিরী কন্যা অদুবু মিৎচিনা হাইবোৎ য়েংথৎলগা নিংথৌনা তপা হংলকই

কা ত্বং কন্যাসি সুশ্রোণি ! কিমর্থঞ্চাগতা বনম্ । এবং রূপগুণোপেতা কুতস্ত্বমপি শোভনে ! ॥১২॥
দর্শনাদেব হি শুভে ! ত্বয়া মেঽপহৃতং মনঃ । ইচ্ছামি ত্বামহং জ্ঞাতুং তন্মমাচক্ষ্ব শোভনে । ॥১৩॥
এবমুক্তা তু সা কন্যা তেন রাজ্ঞা তমাশ্রমে । উবাচ হসতী বাক্যমিদং সুমধুরাক্ষরম্ ॥১৪॥
কণ্বস্যাহং ভগবতো দুষ্মন্ত ! দুহিতা মতা । তপস্বিনো ধৃতিমতো ধর্ম্মজ্ঞস্য মহাত্মনঃ ॥১৫॥

দুষ্মন্ত উবাচ ।

ঊর্দ্ধরেতা মহাভাগে ! ভগবাঁল্লোকপূজিতঃ । চলেদ্ধি বৃত্তাদ্ধর্ম্মোঽপি ন চলেৎ সংশিতব্রতঃ ॥১৬॥
কথং ত্বং তস্য দুহিতা সম্ভূতা বরবর্ণিনী । সংশয়ো মে মহানত্র তন্মে চ্ছেত্তুমিহার্হসি ॥১৭॥

শকুন্তলোবাচ ।

যথায়মাগমো মহ্যং যথা চেদমভূৎ পুরা । শৃণু রাজন্ ! যথাতত্ত্বং যথাস্মি দুহিতা মুনেঃ ॥১৮॥
ঋষিঃ কশ্চিদিহাগম্য মম জন্মাভ্যচোদয়ৎ । তস্মৈ প্রোবাচ ভগবান্ যথা তচ্ছৃণু পার্থিব ! ॥১৯॥

কণ্ব উবাচ ।

তপ্যমানঃ কিল পুরা বিশ্বামিত্রো মহত্তপঃ । সুভৃশং তাপয়ামাস শক্রং সুরগণেশ্বরম্ ॥২০॥
তপসা দীপ্তবীর্য্যোঽয়ং স্থানান্মাং চ্যাবয়েদিতি । ভীতঃ পুরন্দরস্তস্মান্মেনকামিদমব্রবীৎ ॥২১॥

---

॥১০—১১॥ শাওং-শাদা ফজবা ! নংবু কনানো ইবেম্মা ? করিগী বন অসিদা লৈবিবনো ? নিংথিজবী ! অসুক নিংথিজববী গুণ লৈরবী নংনা কদাযদগী লাকতুনা মকম অসিদা লৈরবিবনো ? ॥১২॥ যেংবদা মঙ্গলগী মশক ওইববী ! ওসি নংগী নশক অসি উৎতুনা ঐগী থমোইবু হুন্থনা পুবি, মবম অদুনা নংগী থাঙ্গেশেংবা পবিচয়'দু মুন্না খংনিংঙি; মরম অদুনা অসি পুমনমক শেংনা তাকউ ॥১৩॥

নিংথৌগী বা অদু তাবদা কন্যা অদুনা মোমোন নোক্কুনা নিংথিজবা —অথুম্বা বাহৈনা নিংথৌ অদুদা হায়রকই ॥ ১৪ ॥ মহারাজ ! তপস্যা কল্লবা, খাংবা কল্লবা, ধর্ম্ম চেন্নবা, পুকচেল চাউববা, অমদি মতিক মগুণ লৈরবা, কণ্ব মুনিগী মচানুপীনি ঐদি, মাসি অগ্যাম্বনসু হাযনৈ ॥১৫॥ দুষ্মন্তনা হায়রকই —ইবেম্মা ! জগৎ পুম্বানা ইকায় খুমনরিবা কণ্ব মুনি হায়বা অহদি ব্রহ্মচারীনি, থক্তা-বীর্য্য-হায়গঙথ্রবা নিপানি । মরম অদুনা ধর্ম্ম কোবা লাই মশামক্কা তোগদোবা মথৌদগী ভ্রষ্ট ওইবা য়াই, অদুগা চির—ব্রহ্মচারী ওইবা মীদি মানা চৎলিবা লিকমদগী থক কায়বা হৌনদে ॥১৬ ॥ মরম অদুনা মাগী মচানুপী করম হায়না ওইখিবনো ? বিষয় অসিদা ঐগী পুক্লিংদা ওস্থোকনা চিংনবা অমদি লাংতকনবা পোকই , নংনা ঐগা চিংনবসি কোকহল্লু ॥ ১৭ ॥ শকুন্তলানা হায়খি —মহারাজ ! মতৌ করমনা কণ্ব মুনি অসিনা ঐবু ফংখিবা, মতৌ করমনা ঐসি পোকখিবা, অদুগা মতৌ করমনা আশ্রম অসিদা লাক্কুনা কণ্ব মুনিগী মচা মুপী ওইখিবা, অসি পুমনমক লীজগে তাবিয়ু ॥ ১৮ ॥ নোংমা কনাগুম্বা ঋষি অমনা আশ্রম অসিদা লাক্কুনা ঐগী মপোককী মরমদা কণ্ব মুনিনা বাহি শানখি অদুদা ঐনা লোইনা তাহোই অদু পুম্নমক লীজগে তাবিয়ু ॥১৯॥ কণ্বনা ঋষি অদুদা হায়খি —মমাংদৈদা বিশ্বামিত্র হায়বা ঋষি অসিনা অকনবা তপস্যা তৌদুনা ইন্দ্রগী পুকনিংদা চিংনবা—অকিবা পোকহনখি ॥২০॥ বিশ্বামিত্র হায়বা মুনি অসিনা মাগী অকনবা তপস্যাগী শক্তিনা ঐগী ইন্দ্র-পাদবী অসি মুনখিবা তারে অমুম হায়না খন্দুনা তপস্যা থুগায়হনগে হায়দুনা মেনকা কৌবী কঞ্জরবী অপ্সরাবু কৌপিদুনা হায়খি মেনকা ! নংদি ঐগী অপ্সরাশিংগী মধুংদা নশক্ত অমদি মতিক মগুণদা খ্বাইদগী

ত্বৈরপ্সরসাং দিব্যৈর্মেনকে ! ত্বং বিশিষ্যসে । শ্রেয়ো মে কুরু কল্যাণি ! যত্ত্বাং বক্ষ্যামি তচ্ছৃণু ।।২২।।
অসাবাদিত্যসঙ্কাশো বিশ্বামিত্রো মহাতপাঃ । তপ্যমানস্ত.পা ঘোরং মম কম্পয়তে মনঃ ।।২৩।।
মেনকে ! তব ভারোঽয়ং বিশ্বামিত্রঃ সুমধ্যমে ! শংসিতাত্মা সুদুর্দ্ধর্ষ উগ্রে তপসি বর্ত্তত ।।২৪।।
স মাং ন চ্যাবয়েৎ স্থানাত্তং বৈ গত্বা প্রলোভয় । চর তস্য তপোবিঘ্নং কুরু মে প্রিয়মুত্তমম্ ।।২৫।।
রূপযৌবনমাধুর্য্য-চেষ্টিতস্মিতভাষণৈঃ । লোভয়িত্বা বরারোহে ! তপসস্তং নিবর্ত্তয় ।।২৫।।

মেনকোবাচ ।

মহাতেজাঃ স ভগবাংস্তথৈব চ মহাতপাঃ । কোপনশ্চ তথা হ্যেনং জানাতি ভগবানপি ।।২৭।।
তেজসস্তপসশ্চৈব কোপস্য চ মহাত্মনঃ। ত্বমপ্যুদ্বিজসে যস্য নোদ্বিজেয়মহং কথম্ ।।২৮।।
মহাভাগং বশিষ্ঠং যঃ পুত্রৈরিষ্টৈর্ব্যযোজয়ৎ । ক্ষত্রজাতশ্চ যঃ পূর্ব্বমভবদ্ব্রাহ্মণো বলাৎ ।।২৯।।
শৌচার্থং যো নদীং চক্রে দুর্গমাং বহুভির্জলৈঃ । যাং তাং পুণ্যতমাং লোকে কৌশিকীতি বিদুর্জনাঃ ।।৩০।।
বভার যত্রাস্য পুরা কালে দুর্গে মহাত্মনঃ । দারান্ মতঙ্গো ধর্ম্মাত্মা রাজর্ষির্ব্যাধতাং গতঃ ।।৩১।।

---

লুচিংবী ওইরিবনিদো। মরম অদুনা নিংগিজরবী। ভসি নং ঐগী কানবা মঙ্গলগী থবক অমতং তৌ, মাদু হায়গে তাও ॥২১—২২॥ সূর্য্যগা মান্নবা তেজ লৈরবা, মহা তপস্বী বিশ্বামিত্রনা অকনবা অমদি অকিবগী মশক ওইরবা তপস্যা তৌদুনা ঐগী পুকনিংদা অকিবা অমদি চিংনবা পোকহল্লে ॥২৩॥ মেনকা! মাসিগী থবক পূম্বাগী ভারসি নংগোন্দা শিন্নরবনি, মাদুদি লাকওন ফাঙমদ্রবা অমদি মহুকচেল চাউরবা বিশ্বামিত্র অসিনা মাগী অকনবা তপস্যা অসিনা ঐগী থুবম অসি মুনবা ভর্মাথিদনবা মুনি অসিগী মফম তান্না চৎতুনা মাবু ভাওহল্লু—শুঙ্গাৎলু, মাগী তপস্যাসি থুগায়রু হন্দক্কী থবক অসি পাংথোক্তুনা নংনা ঐবু অমুক্ত পেনহল্লু ॥২৪—২৫॥

নিংথিজবী! মথোৎ কাবকপগী তনৌ-তনৌনা ফজরবা নশক নতৌনা নিংথিজববা হকচাংগী কাযাৎশিং অদুগী শাওং শাথেকনা, মোমোন নোকপা মীনোকনা অমদি অথুম্বা ব্বাহৈনা বিশ্বামিত্র অসিবু তপস্যা তৌবা কায়ননবা হোৎনরু ॥২৬॥ মেনকানা হায়খি—মহাত্মা ওইরবা বিশ্বামিত্রদি থোইনা তপস্যা কল্লবা মহা তেজ লৈরবা অমদি থোইনা শাওগল্লবা ঋষি অমনি হায়বসি মহারাজস্ম খংবি-রিবনি ॥২৭॥ মহারাজমকস্ম মহাত্মা ওইরবা বিশ্বামিত্র অসিগী তেজ, তপস্যা, অমদি অশাওবগী অওংতনা সুংশা থিবিরি, অদুনদি ঐগুম্বী অমনা মহাক্কী মতিক মগুণ অসি উবদা করিগী সুংশা থিরোইদগে অমদি কিরোইদগে ॥২৮॥

বিশ্বামিত্র কৌবা অসিনা মহাত্মা ওইরবা বশিষ্ঠমক্কী মচা পুম্নমক মাংহনখিবনি; অদুগা মহাক অসিমকনি ক্ষত্রিয় ওইনা পোক্লগা মথন্তগী শক্তিনা নমদুনা ব্রাহ্মণ ওইখিবা ।।২৯।। বিশ্বামিত্র হাযবা মহাক অসিমকনি আশ্রম মনাক্তা লৈখা লাক্তা ফংদনা লুরবা ঈশিংনা থল্লবী অদুগা অতোপ্পা উপায় অমনা লামবা ভমত্রবী তুরেনবু মানগী হমক্তা মশা মথন্তগী শক্তিনা তৌখিবা। তুরেন অদুহৌজিক কৌশিকী হায়না খংনরিবা অসিনি ॥৩০॥ মমাংদৈদা চাক যান্না তাংখিবা মতম অমদা ধর্ম্ম চেল্লবা ত্রিশঙ্কু কৌবা নিংথৌ অদুনা শাদানবা ওইনা চৎখ্রবা কাউবদা পরিবার পুম্নমক বুদি য়োকখিবদো

অতীতকালে দুর্ভিক্ষে অভ্যেত্য পুনরাশ্রমম্ । মুনিঃ পারেতি নদ্যা বৈ নাম চক্রে তদা প্রভুঃ ॥৩২॥
মতঙ্গং যাজয়াঞ্চক্রে যত্র প্রীতমনাঃ স্বয়ম্ । ত্বঞ্চ সোমং ভয়াদ্যস্য গতঃ পাতুং সুরেশ্বর ! ॥৩৩॥
চকারান্যঞ্চ লোকং বৈ ক্রুদ্ধো নক্ষত্রসম্পদা । প্রতিশ্রবণপূর্বাণি নক্ষত্রাণি চকার যঃ ॥৩৪॥
গুরুশাপহতস্যাপি ত্রিশঙ্কোঃ শরণং দদৌ । ব্রহ্মর্ষিশাপং রাজর্ষি কথং মোক্ষ্যতি কৌশিকঃ ॥৩৫॥
অবমত্য তদা দেবৈর্যজ্ঞাঙ্গং তদ্বিনাশিতম্ । অন্যানি চ মহাতেজা যজ্ঞাঙ্গান্যসৃজৎ প্রভুঃ ॥৩৬॥
নিনায় চ তদা স্বর্গং ত্রিশঙ্কুং স মহাতপাঃ । এতানি যস্য কর্ম্মাণি তস্যাহং ভৃশমুদ্বিজে ॥৩৭॥
যথাসৌ ন দহেৎ ক্রুদ্ধস্তথাজ্ঞাপয় মাং বিভো ! তেজসা নির্দ্দহেল্লোকান্ কম্পয়েদ্ধরণীং পদা ।
সংক্ষিপেচ্চ মহামেরুং তূর্ণমাবর্ত্তয়েদ্দিশঃ ॥৩৮॥
তাদৃশং তপসা যুক্তং প্রদীপ্তমিব পাবকম্ । কথমস্মদ্বিধা নারী জিতেন্দ্রিয়মভিস্পৃশেৎ ॥৩৯॥
হুতাশনমুখং দীপ্তং সূর্য্যাচন্দ্রাক্ষিতারকম্ । কালজিহ্বং সুরশ্রেষ্ঠ ! কথমস্মদ্বিধা স্পৃশেৎ ॥৪০॥

---

মহাত্মা অসিগী পরিবারনিদো। ॥ ৩১ ॥ চাক তাংবদুনা ফখ্রবদা অমুক আশ্রমদা হলক্লুনা কৌশিকী কৌবী তুরেন অসিগী মমিং "পরা" থোনখিব্রদো বিশ্বামিত্র অসিনি ।৩২॥ বিশ্বামিত্র কৌবা মহাক অসিনা পেনমনখ্রহনা ত্রিশঙ্কুগীদমক্তা আশ্রমদা যজ্ঞ তৌবিখিবনি, দেবরাজ! মহারাজমকসু মহাত্মা আসিবু কিমনখরক্তনা সোমপান তৌবা য়াওরুবা নত্রা ॥ ৩৩ ॥ শাওমনখ্রহনা শ্রবণানচিংবা অনৌবা থবানমিচাক কয়াবু শেমদুনা নক্ষত্রলোক কৌবা অনৌবা লোক অমা শেমখিবদো বিশ্বামিত্র কৌবা মহাক অসিনি ॥ ৩৪ ॥ ব্রহ্মর্ষি বশিষ্ঠগী শাপ ফংলবা ত্রিশঙ্কু নিংথৌনা রাজর্ষি বিশ্বামিত্রগী মফমদা চৎতুনা "ঐবু করম্না শাপ অসিদগী কোকপিগদগে" হায়জরুরবদা অমদি য়াম্না লাংতকননা শাপতগী কোকপা ঙম্লরোইদরা হায়দুনা চিংনজকরবদা ত্রিশঙ্কুবু বশিষ্ঠগী শাপতগী ইরাই লাইনা কনবিখিবদো, বিশ্বামিত্র অসিনি ॥৩৫॥ দেবতা পুম্নমকনা থৌওইদনা মাগী যজ্ঞবু থুগায়করবদা মতম অতুদা শেম্বা ঙাক্তপা-থুগাযবা-শক্তি লৈরবা তেজ কল্লবা বিশ্বামিত্রনা হান্না কনাগুম্বা অমগা থংনরমত্রবা যজ্ঞগী অনৌবা বিধান অমা শেমদুনা অতোপপা যজ্ঞগী অঙ্গ অমা হৌদোকখি ॥ ৩৬ ॥

মযামনা য়াত্রবগ্ন তপস্যা কল্লবা বিশ্বামিত্রনা ত্রিশঙ্কুবু নমদুনা স্বর্গদা কাহনখি। মতৌ অসুমনা মীনা তৌঙমত্রবা থবক কয়াবু তৌবা ঙমথবা নিপা অসিগী মফমদা চৎপদা ঐগুম্বানা করিগী কিরোই অমদি চিংনরোইদগে ॥৩৭॥ দেবরাজ! অসিগুম্বা বিশ্বামিত্র কৌবা শাওগল্লবা ব্রহ্মর্ষি অসিনা য়ামনা শাওরক্লবদা অমদি মাগী অশাওবগী মৈনা ঐবু চাক্তনবা পাউতাক অমতা পীবিয়ু। মশা মথন্তগী তেজনা মরোন অহন চাকথেকহনবা ঙম্বা নিপানি, মখোং নামতনা অমুক্তং কাউবদা পৃথিবী নকহম্বা ঙম্বা নিপানি, মহামেরু চীংজাউবু মিৎকুপ্তা পরমাণুগুম পিকহনবা ঙমই, অহুগা থা অরাং নোংচুপ নোংপোক মায়কৈ পুম্নমক ;মথং মনাও কায়না মথক মখা ওনবা ঙম্বা মীনি ॥৩৮॥ মহা তপস্বী ওইরবা তপস্যাগী শক্তিনা মৈগী মতৌগুম চারবা তেজনা জ্বালিবা অমদি ইন্দ্রিয় খুদুম চল্লবা অসিনা ঐগুম্বী নুপী অমবু করম হায়না শোকপারকরগে ॥৩৯॥ দেবরাজ! মচি দা মৈ হৌরবা, নমিৎ অনিনা নুমিৎ থাগী মতৌগুম ঙাললিবা অমদি মরৈতোম্বা বমগী মতৌগুম লৈম্নিবা তপস্যা মশা অকোয়বদা পুম্নচাক

বমশ্চ সোমশ্চ মহর্ষয়শ্চ সাধ্যা বিশ্বে বালখিল্যাশ্চ সর্বে ।
এতেঽপি যস্তোদ্বিজন্তে প্রভাবাত্তস্মাৎ কস্মান্মাদৃশী নোদ্বিজেত ॥৪১॥
ত্বয়ৈবমুক্তা চ কথং সমীপমৃষের্ন গচ্ছেয়মহং সুরেন্দ্র !
রক্ষাঞ্চ মে চিন্তয় দেবরাজ ! যথা ত্বদর্থং রক্ষিতাহং চরেয়ম্ ॥৪২॥
কামন্তু মে মারুতস্তত্র বাসঃ প্রক্রীডিতায়া বিবৃণোতু দেব !
ভবেচ্চ মে মন্মথস্তত্র কার্য্যে সহায়ভূতস্তু তব প্রসাদাৎ ॥৪৩॥
বনাচ্চ বায়ুঃ প্রবায়াত্তস্মিন্ কালে তমৃষিং লোভয়ন্ত্যাঃ ।
তথেত্যুক্ত্বা বিহিতে চৈব তস্মিংস্ততো যযৌ সাশ্রমং কৌশিকস্য ॥৪৪॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
সম্ভবে শাকুন্তলে পঞ্চাশীতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

— ০ —

চাক্ত্না লৈবিবা বিশ্বামিত্র আসি ঐবু করম্না শোকপিগদগে ? ॥৪০॥ যম, চন্দ্র, মহর্ষিশিং, সাধ্য পুম্নমক, বিশ্বেদেব পুম্নমক অমসুং বালখিল্য ঋষি পুম্নমক ফাওবা বিশ্বামিত্রগী তপস্যাগী প্রভাবপু কিনাবিবনি, অদুনদি ঐগুম্বী মুপী অমনা কবিগী কিবোই ॥৪১॥

দেবরাজ! মহারাজগুম্বা অমনা অসুম হায়না য়াথং পিরবদা বিশ্বামিত্রগী নাক্তা করম হায়না চত্তবগে ঙমগদৌরিবনো ? মরম অদুনা ঐগী হিংননবা উপায় অমতা হাযবিযু; অদুমনা হিংবা ওম্রবতদা মহারাজগী উদ্দেশ্য অসি পাংথোকপা ঙমজগদৌবিবনি ।। ৪২ ॥ দেবরাজ! ঐনা বিশ্বামিত্রগী নাক্তা থেক্লা নৌনা জগোই শাকনি, শান্নকনি, মতম অদুদা নুংশিৎনা ঐগী ফিরোনবু হুকচাংদগী লোয়না হুমদোকখিগনি। বিষয় অসিদা কামদেববু ঐগী সহায় ওইহনবিগদৌবনি ॥৪৩॥ অদুগা ঐনা মহর্ষি বিশ্বামিত্রবু মিহোৎহনবা মতমদা মনম নুংশিরবা নুংশিৎপু মাযকৈ পুমনমক্তা শিৎহনগদৌবনি। মেনকানা অসুম হায়রববা দেবরাজ ইন্দ্রনা ফরে অদুমক তৌগে অসুম হায়ত্বনা নুংশিৎপু অমদি কামদেববু কৌদুনা য়াথং অসি পীখ্রে, মেনকাসু বিশ্বামিত্রগী আশ্রম তাম্না চৎখ্রে ॥ ৪৪ ॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদিপর্ব্বদা সম্ভবদা শকুন্তলাগী মতাংদা মরিফুমগা শুবা অধ্যায় লোইবে।। ০ ॥

——(*)——

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব— সম্ভবে শাকুন্তলে

(মরিযুতরুক্ক শুবা অধ্যায়)

—:(*):—

কণ্ব উবাচ।

এবমুক্তস্তয়া শক্রঃ সন্দিদেশ সদাগতিম্। প্রাতিষ্ঠত ততঃ কালে মেনকা বায়ুনা সহ ॥১॥

অথাপশ্যদ্বরারোহা তপসা দগ্ধকিল্বিষম্। বিশ্বামিত্রং তপ্যমানং মেনকা ভীরুরাশ্রমে ॥ ২ ॥

অভিবাদ্য ততঃ সা তং প্রাক্রীড়দৃষিসন্নিধৌ। অপোবাহ চ বাসোঽস্যা মারুতঃ শশিসন্নিভম্ ॥৩॥

সাগচ্ছত্ত্বরিতা ভূমিং বাসস্তদভিলিপ্সতী। কুৎসয়ন্তীব সব্রীড়ং মারুতং বরবর্ণিনী ॥৪॥

পশ্যতস্তস্য রাজর্ষেরপ্যগ্নিসমতেজসঃ। বিশ্বামিত্রস্ততস্তান্তু বিষমস্থামনিন্দিতাম্ ॥৫॥

গৃদ্ধাং বাসসি সম্ভ্রান্তাং মেনকাং মুনিসত্তমঃ। অনির্দ্দেশ্যবয়োরূপামপশ্যদ্বিবৃতাং তদা ॥৬॥

তস্যা রূপগুণং দৃষ্ট্বা স তু বিপ্রর্ষভস্তদা। চকার ভাবং সংসর্গে তয়া কামবশং গতঃ ॥৭॥

---

শকুন্তলানা হায়খি— মহারাজ! ঐ পোকপগী ৱারি শান্নবকপা মতমদা কণ্বনা ঋষি অতুদা হায়খি হে ঋষি! মতৌ অসুম্না মেনকানা হায়জববদা, ইন্দ্রনা মেনকাগী খোংলোই ওইখিনবা নুংশিৎতা য়াথং পীখি, মতম অমুদা মেনকাসু নুংশিৎকা লোয়ননা বিশ্বামিত্রগী আশ্রম তান্না চৎখি ॥ ১ ॥ অদুগী মতুংদা তিংদা যাংদা ফজরবী মেনকানা বিশ্বমিত্রগী আশ্রমদা চৎখিহনা য়াম্না নুংশাথীনা কিম্না চংশিনখিহনা করি উবগে হাযববু তপস্যাগী শক্তিনা পাপ পুমনমক মাংহনখ্রবা ফাওবদা, হৌজিক ফাওবদা অকনবা তপস্যাদা পুক্নিং লুপ্লনা অহ্নমক লৈরি ॥২॥ অদুগী মতুংদা চংশিনখিহনা বিশ্বা-মিত্রবু খুকুম্নগা জগোই শাবা হৌরকলে মহাক্কী মফি মরোল অদু থাগী মঙালগী মতৌগুম হৌরুনৈ অমদি পাত্রিং পায়, নুংশিংনা খুদক্তা মাহ্বু হুমদোকখি ॥ ৩ ॥ মতম অদুদা ইকায়শিন্নরুনা নুংশিংপু চৈশিন্নৈ; অসোগদা বিশ্বামিত্রনা মহাকপু তরাং তরাংনা উখি; অদুম ওইনমক পায়থোকখিব্রা মফিমরোল অদু লৌশিল্লুগে হাযদুনা বিশ্বমিত্রগী নাক্তা থুনা য়াংনা চেনশিনখি। মেনকাদু মফি মরোল করিমতা য়াওদনুনা হকচাংগী কায়াৎ পুমনমক ইয়ু উহন্দুনা লৈবদু বিশ্বমিত্রনা উখি, মহাক্কী মপোৎ কারকপগী হকচাংগী মফম পুমনমক্কী মওং মতৌ অদো প্রমাণগা লোয়ননা শিংথানবা ওম্বা পোৎ নস্তে হকচাংগী করিগুম্বা শরুক্তা অরাৎপা অমদি দোষ লৈতে, অহুমনা নিংথিজরবী মেনকাদু মফিমরোল অদু খোমজিনবদা মফম মরাং থংদ্রে অমদি অকিবগা লোয়ননা ইপা পাথংলি ॥৪—৬॥ বিশ্বামিত্রনা পুমন-মকদি উবদা মেনকাগা লোয়ননা তিন্নিনিংবগী হৌরকপা ইথকপু থাংবা ওমথনা মেনকাগী অমম্বা

স্তমন্ত্রয়ত চাপ্যেনাং সা চাপৈচ্ছন্দনিন্দিতা। তৌ তত্র সুচিরং কালমুভৌ ব্যহরতাং তদা ॥৮॥
রমমাণৌ যথাকামং যথৈকদিবসং তথা। এবং বর্ষসহস্রাণামতীতং নাবুধিস্তয়ং ॥৯॥
জনয়ামাস স মুনির্মেনকায়াং শকুন্তলাম্। প্রাস্থে হিমবতো রম্যে মালিনীমভিতো নদীম ॥১০॥
জাতমুৎসৃজ্য তং গর্ভং মেনকা মালিনীমনু। কৃতকার্যা ততস্তূর্ণমগচ্ছচ্ছক্রসংসদম্ ॥১১॥
তং বনে বিজনে গর্ভং সিংহব্যাঘ্রসমাকুলে। দৃষ্ট্বা শয়ানং শকুনাঃ সমন্তাৎ পর্য্যবারয়ন্ ॥১২॥
নেমাং হিংস্যুর্বনে বালাং ক্রব্যাদা মাংসগৃদ্ধিনঃ। পর্য্যারক্ষন্ত তাং তত্র শকুন্তা মেনকাত্মজাম্ ॥১৩॥
উপস্প্রষ্টুং গতশ্চাহমপশ্যং শয়িতামিমাম্। নির্জনে বিপিনে রম্যে শকুন্তৈঃ পরিবারিতাম্।
আনয়িত্বা ততশ্চৈনাং দুহিতৃত্বে ন্যবেশয়ম্ ॥১৪॥
শরীরকৃৎ প্রাণদাতা যস্য চান্নানি ভুঞ্জতে। ক্রমশৈতে ত্রয়োঽপ্যুক্তাঃ পিতরো ধর্ম্মশাসনে ॥১৫॥
নির্জ্জনে তু বনে যস্মাচ্ছকুন্তৈঃ পরিবারিতা। শকুন্তলেতি নামাস্যাঃ কৃতঞ্চাপি ততো ময়া ॥১৬॥

---

তিন্নবগী ইচ্ছাদু উৎখি ॥৭॥ মহাকনা মেনকাবু কৌশিন্দুনা নিংঙিবা ব্রাথল অমু হাইদোকখি মেনকাস্ন মচু য়াখি। মথোয অনি মুংঙাইমিন্নদুনা আশ্রম অদুদা মতম অদুক কুইরববু নোংমগুম লেনখি। মতৌ অস্নমনা মতম কুইনা লৈমিন্নখি হায়ববু বিশ্বমিত্রনা মতুংদদি মেনকাবু থোইনা খললকত্রে ॥৮—৯॥ মতৌ অস্নমনা বিশ্বামিত্রগী ওবসদগী মেনকাগী গর্ভদা মালিনী তুরেন গী তোর্বানদা, হিমালয়গী নিংথিজববা তম্পাক্তা শকুন্তলাসি পোকখি ॥১০॥ মেনকাস্ন তৌগদৌবা মথৌ পাংথোক্লবা অদুদা পোক পদা ঙাযরিবী কন্যা অম্বু মালিনী তুরেনগী তোর্বান্দা লংথোকলমদুনা ইন্দ্রপুর তান্না চৎখি ॥ ১১ ॥ কৈ নোংশানা থল্লবা, মীচিক-মীবাউখোল তাদ্রবা বনগী লমদম অদুদা উচেক মযাম পাযথরকতুনা— অঙাং অমুগী অকোযবদা লৈররে॥১২॥ শাহিং চাবা পামলবা শা উচেকশিংনা বন অদুদা লাক্তুনা অঙাং অমুবু চীকপা অমদি চাবা ঙমখিদনবা হায়দুনা উচেকশিং অদুনা মেনকাগী মচা অদুবু ঙাকখি ॥১৩॥ ঐস্নু স্নান তৌগে হায়দুনা চৎপদা মীচিক-মীরাউখোল তাদ্রবা, পুক্লিং হুনবগী মশক ওইববা বন অদুদা অঙাং মুপীমচা পিশক অমা হিপতুনা তুমদুনা লৈবা, অমদি মহাকপু উচেকশিংনা পুমকোয় কোয়শিন্দুনা লৈরম্বদু উকবে। অদুগী মতুংদা ঐনা অঙাং অদুবু পুরকতুনা মাবু ইচানুপীমক্লি হায়না লৌরদুনা আশ্রম অসিদা যোকলিবা অসিনি॥১৪॥ (মশামকপু পোকপিবা, মথক্বাই কনবিখিবা অমদি মচিঞ্জাক থাকপিবা মীশক অহুম-অসি ধর্ম্মশাস্ত্রনা মপামকনি হায়না হায়রে)॥১৫॥ মরম অদুনা, বনগী মনুংদা, উচেকশিংনা পুমকোয় কোয়শিন্দুনা ঙাকপিরমই হায়দুনা ইচানুপী অসিগী মমিংবু— "শকুন্তলা" অস্নুম হায়না থোল্লবনি * ॥১৬॥

---

* টীকা—শকুনি হায়বা শব্দগী অর্থদি লাংজাবুস্নয়াই, অদুগা উচেক হায়বা জাৎ অদুগী মথৈস্য শকুনি হায়রগা খনৈ। সংস্কৃতদা উচেকপু শকুন্ত কৌই। শকুন্তান লাৎতি অর্থাৎ গৃহ্নাতি ইতি শকুন্তলা। নত্রগা শকুন্তৈঃ পরিবারিতা ইতি শকুন্তলা অস্নুম হায়না লৌকিক বিগ্রহ অনি পুথোক্তুনা অর্থ অনিথোক্লা পুবা য়াই — মদুদি উচেকশিংনা কোয়শিলবা নত্রগা য়োকপা অস্নুম হায়না লৌবা য়াই। লা আদানে নত্রগা রা দানে ধাতুদা আতো মুপ সর্গাৎ কঃ হায়বা সূত্র অসিনা "ক" প্রত্যয় তৌরগা মতুংদা অমুকস্ত্রীলিঙ্গী "আপ" প্রত্যয় তৌদুনা শকুন্তলা হায়বা শব্দ অসি থোকখিবনি ॥ ১৬ ॥

এবং দুহিতরং বিদ্ধি মম বিপ্র ! শকুন্তলাম্। শকুন্তলা চ পিতরং মন্যতে মামনিন্দিতা ॥১৭॥

শকুন্তলোবাচ ।

এতদাচষ্ট পৃষ্টঃ সন্ মম জন্ম মহর্ষয়ে। সুতাং কণ্বস্য মামেবং বিদ্ধি ত্বং মনুজাধিপ ! ॥১৮॥

কণ্বং হি পিতরং মন্যে পিতরং স্বমজানতী। ইতি তে কথিতং রাজন্ ! যথাবৃত্তং শ্রুতং ময়া ॥১৯॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

সম্ভবে শাকুন্তলে ষড়শীতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

—০ঃ০—

ব্রাহ্মণ ! শকুন্তলা হায়বীসি ঐগী ইচানুপীমকনি হায়না খনবিয়ু ; নিন্দা তৌফম লৈতনা যজরবী শকুন্তলা অসিসু ঐবু মপামকনি হায়না লৈজরিবনি ॥১৭॥ শকুন্তলানা দুষ্মন্তদা হায়খি— মহর্ষি অমনা অশুন্না হংখিবদগী ইপা কণ্বমুনিনা ঐগী মপোককী ব্বাবী অসি লীখিবনি। মরম অদুনা মহারাজ ! ঐবু কণ্বঋষিগী মচানি হায়না খংবিয়ু ॥১৮॥ মহারাজ ! ঐগী মপোককী ব্বারি ইশামকনা তাখিবসে মহারাজগী মফমদা লীজরবসিনিদো ॥১৯॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারততা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদি

পর্ব্বদা সম্ভবতা শকুন্তলাগী মতাংদা মরিফুতকক শুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

—:*:—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব—সম্ভবে শাকুন্তলে

(মরিফুতরেং শুবা অধ্যায়)

—(*)—

দুষ্মন্ত উবাচ ।

সুব্যক্তং রাজপুত্রী ত্বং যথা কল্যাণি ! ভাষসে। ভার্য্যা মে ভব সুশ্রোণি ! ব্রূহি কিং করবাণি তে ॥১॥

সুবর্ণমালাং বাসাংসি কুণ্ডলে পরিহাটকে। নানাপত্তনজে শুভ্রে মণিরত্নে চ শোভনে ॥২॥

আহরামি তবাদ্যাহং নিষ্কাদীন্যজিনানি চ। সর্বং রাজ্যং তবাদ্যাস্তু ভার্য্যা মে ভব শোভনে ! ॥৩॥

দুষ্মন্তনা হায়খি— হে মঙ্গলগী মশক ওইরবী ! নংনা হায়রিবা অসিগী মতুংইন্না, নং অসি থাজে-লেংবা ক্ষত্রিয়গী মচানুপীনি হায়বসি খংলে ; অহনা নিংথিজরবী। নং ঐগী পুন্সিগী লোয়নবী ওইয়ু, হায়য়ু নংগী করি তৌ হায়বগে ? ॥১॥ নিংথিবী ! সনাগী লিক-ক্লোল, মথল মখা অয়াম্বা ফিজোল-লৈতেং, সনাতনা শাবা কুণ্ডল নাইন অনি, মথল মখা অয়াম্বা দেশগী ছিত্র লৈত্রবা মণি রত্ননা শাবা লুকণমদা শিননবা লৈতেং ময়াম অমদি মথল মখা অয়াম্বা শাজিগী মউন, নংগী মমতলা অমম অসিদা

গান্ধর্বেণ চ মাং ভীরু ! বিবাহেনৈহি সুন্দরি । বিবাহানাং হি রম্ভোরু ! গান্ধর্বঃ শ্রেষ্ঠ উচ্যতে ।।৪।।

শকুন্তলোবাচ ।

ফলাহারো গতো রাজন্ ! পিতা মে ইত আশ্রমাৎ । মুহূর্ত্তং সম্প্রতীক্ষস্ব স মাং তুভ্যং প্রদাস্যতি ।।৫।।
পিতা হি মে প্রভুর্নিত্যং দৈবতং পরমং মম । যস্মৈ মাং দাস্যতি পিতা স মে ভর্ত্তা ভবিষ্যতি ।৬।।
পিতা রক্ষতি কৌমারে ভর্ত্তা রক্ষতি যৌবনে । পুত্রস্তু স্থাবিরে ন স্ত্রী স্বাতন্ত্র্যমর্হতি ।।৭।।
অমন্যমানা রাজেন্দ্র ! পিতরং মে তপস্বিনম্ । অধর্ম্মেণ হি ধর্ম্মিষ্ঠ ! কথং বরমুপাস্মহে ।।৮।।

দুষ্মন্ত উবাচ ।

মা মৈবং বদ কল্যাণি ! তপোবাশিং দমাত্মকম্ ।

শকুন্তলোবাচ ।

মন্যুপ্রহরণা বিপ্রা ন বিপ্রাঃ শস্ত্রপাণয়ঃ ।।৯।।

মন্যুনা ঘ্নন্তি তে শত্রূন্ বজ্রেণেন্দ্র ইবাসুরান্ । অগ্নির্দহতি তেজোভিঃ সূর্য্যো দহতি রশ্মিভিঃ ।।১০।।
রাজা দহতি দণ্ডেন ব্রাহ্মণো মন্যুনা দহেৎ । ক্রোধিতা মন্যুনা ঘ্নন্তি বজ্রপাণিরিবাসুরান্ ।।১১।।

---

পুরকই, ঙসিদগী হৌনা ঐগী চাউরবা লৈবাক অসিগী মবেম্মা ওইরো ; ঐগী মহারাণী ওইরো হায়বা অসিবু কবি হাযবগে ? ।২—৩।। ফজবী ! ঙসিমক গন্ধর্ব্ব-বিবাহমকনা নংবু ফংজগে, ঐবু নংগী নপুরোইবনি হায়না লৌ , কবিনা হাযববু ক্ষত্রিযশিংগী দমক্তি বিবাহ মখল নিপালগী মনুংদা গন্ধর্ব্ববিবাহ হায়বসিনা অথোইবনি ।৪ ।। শকুন্তলানা হায়খি— মহারাজ ! ঐগী ইপা মুনিদো বনদা উহৈ-ৱাহৈ খিবা চৎখ্রি, আশ্রম অসিদা তৌজিক লৈতে, ঙহাক্তংদি ঙাইবিখো, মানা লাক্লগা মহারাজদা ঐবু শোয়দনা দান তৌজবগনি ।।৫।। ইপাসে, অহিং মুংখিল মতম লৈবা খিবিক্তা ঐবু ৱাবকতুনা লৈবিবনি, ঐগীদি পরম দেবতা অমা ওইহনা লৈবিবনি, মহাক অদুগী মখুত্তা ইপানা ঐবু দান তৌবিরবা, মী অদুতনা ঐগী ইপুরোইবা ওইরগদৌরিবনি।।৬।। ( মুপী হায়বী জাতি অসিবু লুহোংদ্রিঙৈদনা মপানা ঙাকই, মথোৎ কাবকপা মতমদা মপুরোইবনা শেম্নৈ, অহল ওইরকপা মতমদনা মচানা য়োকই ; অদুনা মুপী হায়বীসি মপুন্সিগী করিগুম্বা থবক্তা মনিংমখা তমনা লৈবা ইযা যাদে ।।৭।। ) ধর্ম্মচেল্লবা নিংথৌ ! তপস্যা কল্লবা ইপাবু থৌওইদনা অমদি তাক্লমদনা অদুগা মাগী য়াথং য়াওদনা করম্না অমবু হেক ইপুরোইবনি হায়না লৌরসিগে ? ।।৮।।

দুষ্মন্তনা হায়খি— নত্তে, নত্তে, ইবেম্মা ! অদুম হায়গনু, নংগী নপাদি মহাতপ কল্লবা, অমদি ইন্দ্রিয় থুতুম চনবা নিপানি, মহাক্না করিসু য়ারোই । শকুন্তলানা হায়খি— হোই, অদুবুদি ব্রাহ্মণগী খুৎলাই হায়ববু অশাওবদনা ওইজরিবনিদনা, অসি নত্তবা অতে থোইদোকপা খুৎলাই মখোয়না পাযবা লৈতে ।।৯।। ইন্দ্রনা বজ্রতনা অসুরশিংবু হাৎপগুম ব্রাহ্মণশিংনা অশাওবনা খুৎলাই ওইহনা ধর্ম্ম-বিরোধী ওইবা য়েক্লবশিংবু ঙম্মি অমদি হাৎলিবনি ; মৈনা মাগী তেজনা, সূর্য্যিৎনা মাগী মঙাম্না অমদি নিংথৌ না রাজদণ্ডনা প্রজাশিংবু চাকথেক্কই ; অদুগা ব্রাহ্মণশিংদি অশাওবা কৌবা খুৎশাইনা জগৎপু চাকথেকপা ঙম্মি । অদুনা হায়জরিবসিনি ইন্দ্রনা বজ্রনা অসুর হাৎপগুম ব্রাহ্মণনা মাগী অশাওবনা—

দুষ্মন্ত উবাচ।

ইচ্ছামি ত্বাং বরারোহে। ভজমানামনিন্দিতে। ত্বদর্থং মাং স্থিতং বিদ্ধি ত্বদ্গতং হি মনো মম ॥১২॥
আত্মনো বন্ধুরাত্মৈব গতিরাত্মৈব চাত্মনঃ। আত্মনৈবাত্মনো দানং কর্ত্তুমর্হসি ধর্ম্মতঃ ॥১৩॥
অষ্টাবেব সমাসেন বিবাহা ধর্ম্মতঃ স্মৃতাঃ। ব্রাহ্মো দৈবস্তথৈবার্ষঃ প্রাজাপত্যস্তথাসুরঃ ॥১৪॥
গান্ধর্ব্বো রাক্ষসশ্চৈব পৈশাচশ্চাষ্টমঃ স্মৃতঃ। তেষাং ধর্ম্মান্ যথাপূর্ব্বং মনুঃ স্বায়ম্ভুবোঽব্রবীৎ ॥১৫॥
প্রশস্তাংশ্চতুরঃ পূর্ব্বান্ ব্রাহ্মণস্যোপধারয়। ষড়ানুপূর্ব্ব্যা ক্ষত্রস্য বিদ্ধি ধর্ম্ম্যাননিন্দিতে। ॥১৬॥
রাজ্ঞান্তু রাক্ষসোঽপ্যুক্তো বিট্‌শূদ্রেষ্বাসুরঃ স্মৃতঃ। পঞ্চানান্তু ত্রয়ো ধর্ম্ম্যা অধর্ম্ম্যৌ দ্বৌ স্মৃতাবিহ ॥১৭॥
পৈশাচ আসুরশ্চৈব ন কর্ত্তব্যৌ কদাচন। অনেন বিধিনা কার্য্যো ধর্ম্মস্যৈষা গতিঃ স্মৃতা ॥১৮॥
গান্ধর্ব্বরাক্ষসৌ ক্ষত্রে ধর্ম্ম্যৌ তৌ মা বিশঙ্কিথাঃ। পৃথগ্বা যদি বা মিশ্রৌ কর্ত্তব্যৌ নাত্র সংশয়ঃ ॥১৯॥
সা ত্বং মম সকামস্য সকামা বরবর্ণিনী। গান্ধর্ব্বেণ বিবাহেন ভার্য্যা ভবিতুমর্হসি ॥ ২০ ॥

---

নিংথৌ চাক্লিবা খাযদনা হাৎলিবনি ॥১০—১১॥ দুষ্মন্তনা হায়খি-- পান্দমনিংঙাই লৈতনা ফজরবী। ঐনা পামলিবা হাযববু নংনা ঐবু হুংশিবিবা অসিতনি, করিনা হাযববু ঐনা অসিদা লাকলিবা লৈরিবা অসে নংগী দমক্তনি, অদুগা ঐগী পুকনিং অসে নংবু উবদা ফাজিন্দুনা লৈবা ঙমদ্রে, অদুগা তপথদুনা লৈবসু য়াদ্রে ॥১২॥ সংসাবদা মশাগী মরূপ হাযববু মশাতনা ওইবনি,- অদুনা মশাগী লমথুংফম হাযববু মশাতনা ওইবনি, অদুনা ধর্ম্মগী মতুংইন্না নশানা নশাবু দান তৌথোকচবদা কনানা অপনবা ওইরগ-দগে ? ॥১৩॥ ধর্ম্মশাস্ত্রদা বিবাহ মখল নিপালগী ৱা ইরিবনি, মাহ সম্পংনা হায়গে - ব্রাহ্ম, দৈব; আর্ষ, প্রাজ্ঞাপত্য, আসুর, গান্ধর্ব, রাক্ষস, অমদি পৈশাচ অসিনি ' স্বায়ম্ভুব মনুনা মথংশিংনা বিবাহশিং অসিগী লক্ষণ নিংথিনা ইখ্রবনি ॥১৪—১৫॥ নিংথিজববী। মথক্তা হায়খ্রিবা নিপাল অসিগী মনুংদা অহানবা মরি অদুনা অদুগা ক্ষত্রিযশিংদনা অহানবনী তরুক অদুনা ধর্ম্মসংগত ওইবা বিবাহনি হায়না খংনগদৌবনি ॥১৬॥ অদুগা ক্ষত্রিযগী মফমদদি রাক্ষস বিবাহমকসু ধর্ম্মগা থোইদোকপা কায়নবা লৈতে অসুম হাযনৈ, অদুগা বৈশ্য অমদি শূদ্রগী মফমদা আসুর বিবাহ হাযবসিসু থাঙ্গৈশেংবা অধর্ম্মনি— হায়বা য়াদে, থাঙ্গৈশেংনা হায়রুরবদি মথক্তা হায়খ্রিবা বিবাহশিং অসিগী মনুংদা অহানবা মন্না অসিগী মরক্তসু ব্রাহ্ম, দৈব অমদি প্রাজাপত্য কৌবা অহুম অসিনা খৱাইদগী হেল্লি, অদুগা আর্ষগা আসুর গা অনি অসিদি মথককী অহুম অদুদগী য়ামনা হন্থথবে ॥১৭॥

ব্রাহ্মণনা করিগুম্বদা আসুর বিবাহ তৌবা যাদে অদুগা ব্রাহ্মণনচিংবা অতৈ জাৎ মরিসু পৈশাচ কৌবা বিবাহ তৌবদি ইযা য়াদ্রে। য়া য়াদবা পুমনমক অসিগী বিচার মতুংইন্না বিবাহ তৌগদৌবনি, মাসি ধর্ম্মগী কায়বা য়াত্রবা নিয়মনি ॥১৮॥ (ক্ষত্রিয়শিংগী দমক্তদি থাঙ্গৈহেকশেংবা গান্ধর্ব বিবাহ নত্রগা তশেং তশেংবা রাক্ষস বিবাহ নত্রগা গান্ধর্বগা রাক্ষসগা অনি তিন্নবা বিবাহ অদো ধর্ম্ম কায়দে হায়না তৌনগদবনি ; অদুনা বিষয় অসিদদি থক চিংনরুগনু ; মরমদি চিংনফম লৈতনা লোননখ্রবা— বিবাহ ধর্ম্মগী নিয়মনি ॥১৯॥ নংগী নফমদা লোকলিবা অনুরাগ অসে হায়বদি করি তৌরে হায়রগা [illegible] হায়বগী [illegible] অসে নংগীসু ঐগী [illegible] লোক্রে হায়বনি [illegible] ; [illegible]

শকুন্তলোবাচ ।

যদি ধর্ম্মপথস্ত্বেষ যদি চাত্মা প্রভুর্ম্মম । প্রদানে পৌরবশ্রেষ্ঠ ! শৃণু মে সময়ং প্রভো ! ॥২১॥
সত্যং মে প্রতিজানীহি যথা বক্ষ্যাম্যহং রহঃ । ময়ি জায়েত যঃ পুত্রঃ স ভবেত্ত্বদনন্তরঃ ॥২২॥
যুবরাজো মহারাজ ! সত্যমেতদ্ব্রবীমি তে । যদ্যেতদেবং দুষ্মন্ত ! অস্তু মে সঙ্গমস্ত্বয়া ॥২৩॥

বৈশম্পায়ন উবাচ ।

এবমস্ত্বিতি তাং রাজা প্রত্যুবাচাবিচারয়ন্ । অপি চ ত্বাং হি নেষ্যামি নগরং স্বং শুচিস্মিতে ! ॥২৪॥
যথা ত্বমর্হা সুশ্রোণি ! সত্যমেতদ্ব্রবীমি তে । এবমুক্ত্বা স রাজর্ষিস্তামনিন্দিতগামিনীম্ ॥২৫॥
জগ্রাহ বিধিবৎ পাণাবুবাস চ তয়া সহ । বিশ্বাস্য চৈনাং স প্রায়াদব্রবীচ্চ পুনঃ পুনঃ ॥২৬॥
প্রেষয়িষ্যে তবার্থায় বাহিনীং চতুরঙ্গিণীম্ । তয়া ত্বাং নায়য়িষ্যামি নিবাসং স্বং শুচিস্মিতে ! ॥২৭॥
ইতি তস্যাঃ প্রতিশ্রুত্য স নৃপো জনমেজয় ! মনসা চিন্তয়ন্ প্রায়াৎ কাশ্যপং প্রতি পার্থিবঃ ॥২৮॥
ভগবাংস্তপসা যুক্তঃ শ্রুত্বা কিন্নু করিষ্যতি । এবং সঞ্চিন্তয়ন্নেব প্রবিবেশ স্বকং পুরম্ ॥২৯॥
ততো মুহূর্ত্তে যাতে তু কণ্বোঽপ্যাশ্রমমাগমৎ । শকুন্তলা চ পিতরং হ্রিয়া নোপজগাম তম্ ॥৩০॥
বিজ্ঞায়াথ চ তাং কণ্বো দিব্যজ্ঞানো মহাতপাঃ । উবাচ ভগবান্ প্রীতঃ পশ্যন্ দিব্যেন চক্ষুষা ॥৩১॥

---

ধর্ম্ম কিগল্লবী ! গান্ধর্ব্ব বিবাহগী মতুংইন্না ঐগী ভার্য্যা ওইবদা খক কাযবা লৈতে ॥২০॥ শকুন্তলানা হাযখি— পুরুশাগৈগী অথোইবা ! মাঃমক্তনা ধর্ম্ম কাযদবা ওইরবদি ঐনা ইশামকপু মহাবাজদা দান তৌথোকপা যারবা অত ওইববদি হাযজবা অসিমতদি তাবিযু ॥২১॥ অচিকপা অসিদা ঐনা হাযজরিবা বিষয় অসিদা শোযদনা তৌবিগনি হাযনা ব্বাশকপিযু ; ঐগী গর্ভদা ওইগদৌরিবা নচা অসে মহারাজনা লৈবিবমথৈ যুববাজ ওইবা অদুগা মহাবাজনা লৈত্রবা তুংদা মহাকনা নিংথৌ ওইহনগনি হাযনা ব্বাশকপিযু ; মহাবাজ ! মাসি শোযদনা তৌবিগনি হাযরবদি ঐসু চুম্না হাযজরিবা অসিনি, মহারাজনা হাযবা যাজগনি ॥২২—২৩॥ বৈশম্পাযননা হাযখি— নিংথৌ দুষ্মন্তনা মতম অদুদা তুং মাংগী ব্বাখল ইথন খন্দনা "ফরে, মাদুমক তৌগনি, অদুগা নংবুসু কোনুংদা পুশংকনি" সুম হাযনা হাযদোকখ্রে ॥ ২৪ ॥ মরমদি নং অসে নিংথৌগী কোনুংদা লৈবদা হেন্দোকনা মতিক চাবীনি ; তিংদা-য়াংদা ফজবী ! ঐ নংভোম্দা সত্য তৌদুনা হাযরিবসিনি. অসুম হাযদুনা নিংথৌনা গান্ধর্ব্ব বিবাহগী নিয়মগী মতুং ইননা শকুন্তলাবু ভার্য্যা ওইনা লৌখি অমদি অচিকপদা উনখি ; চৎলমদাযদা শকুন্তলাগী পুক্নিংদা থাজহন্দুনা ব্বাসি হন্না হন্না হায়খি ॥২৫—২৬॥ নিংথিজববী নংগী দমক্তা চতুরঙ্গ-লানমি থারকনি, অদুগা মথোয়না নংবু ঐগী কোনুং তান্না লৌহল্লনি ॥২৭॥ মহারাজ জনমেজয় ! রাজা দুষ্মন্তনা শকুন্তলাগী মফমদা মতৌ অসুমনা ব্বাশক্লমতুনা, কণ্বমুনিনা করি তৌরকদগে হায়বসি চিংন-চিংননা আশ্রম অদুদগী চৎখি ॥২৮॥

মহা তপস্বী কণ্ব মুনিন্না খোকখ্রিবা খৌদোক অসি শংলক্লগা করিবু তৌরকবা হাযবা অসি চিংন-চিংননা কিন-কিনা কোনুং মসুংদা চংখি ॥২৯॥ অদুগী মতুংদা ডহাক লৈরগা কণ্ব মুনি অসি মহাককী আশ্রমদা হল্লক্রে ; শকুন্তলাসু ইকায়বনা মপাগী মনাক্তা চংলকপা ভমদ্রে ॥৩০॥ অদুগী মতুংদা মহা তপস্বী অমদি দিব্যজ্ঞান লৈরবা কণ্বনা শকুন্তলাগী মরমদা খোকখ্রিবা খৌদোক পুম্নমক

ত্বয়াদ্য ভদ্রে ! রহসি মামনাদৃত্য যঃ কৃতঃ । পুংসা সহ সমাযোগো ন স ধর্ম্মোপঘাতকঃ ।।৩২।।
ক্ষত্রিয়স্য হি গান্ধর্ব্বো বিবাহঃ শ্রেষ্ঠ উচ্যতে । সকামায়াঃ সকামেন নির্ম্মন্ত্রো রহসি স্মৃতঃ ।।৩৩।।
ধর্ম্মাত্মা চ মহাত্মা চ দুষ্মন্তঃ পুরুষোত্তমঃ । অভ্যগচ্ছঃ পতিং যং ত্বং ভজমানং শকুন্তলে ! ।।৩৪।।
মহাত্মা জনিতা লোকে পুত্রস্তব মহাবলঃ । য ইমাং সাগরাপাঙ্গাং কৃৎস্নাং ভোক্ষ্যতি মেদিনীম্ ।।৩৫।।
পরঞ্চাভিপ্রয়াতস্য চক্রং তস্য মহাত্মনঃ । ভবিষ্যত্যপ্রতিহতং সততং চক্রবর্ত্তিনঃ ।।৩৬।।
ততঃ প্রক্ষাল্য পাদৌ সা বিশ্রান্তং মুনিমব্রবীৎ । বিনিধায় ততো ভারং সন্নিধায় ফলানি চ ।।৩৭।।

শকুন্তলোবাচ ।

ময়া পতির্বৃতো রাজা দুষ্মন্তঃ পুরুষোত্তমঃ । তস্মৈ সসচিবায় ত্বং প্রসাদং কর্ত্তুমর্হসি ।।৩৮।।

কণ্ব উবাচ ।

প্রসন্ন এব তস্যাহং ত্বৎকৃতে বরবর্ণিনী ! গৃহাণ চ বরং মত্তস্ত্বং শুভে ! যদভীপ্সিতম্ ।।৩৯।।

বৈশম্পায়ন উবাচ ।

ততো ধর্ম্মিষ্ঠতাং বব্রে রাজ্যাচ্চাস্খলনং তথা । শকুন্তলা পৌরবাণাং দুষ্মন্তহিতকাম্যয়া ।।৪০।।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
সম্ভবে শকুন্তলোপাখ্যানে সপ্তাশীতিতমোঽধ্যায়ঃ ।।০।।

——:(*):——

দিব্যচক্ষুতনা উর-খংলহনা থোইদোক্লা পুক্নিংদা মুংভাখিবা পোকখি অমদি হায়রকই ।৩১।। ইবেম্মা ! নংনা ঐগী যাথং লৌদনা অচিকপদা নিপা নহাগা শম্নখিবদো থোইদোক্লা ধর্ম্ম কাযবা নত্তে ।।৩২।। করিনা হায়ববু কামাতুর ওইবা নিপা অচিকপা মফমদা মন্ত্র-তন্ত্র যাওদনা কামাতুরা ওইবী বমনী অমগা লোয়ননা লৌন নৈনখিবা অসিবু গন্ধর্ব্ব বিবাহ বৌই, ক্ষত্রিয়গী মফমদদি অসিনা থব্রাইদগী অথোইবা বিবাহনি ।।৩৩।। শকুন্তলা ! নংনা নিপা অদুগী মফমদা পুক্নিং চংলুহনা মহাকপু নপুরোইবনি হায়না থল্লুরিবদো ধর্ম্ম চেল্লবা, পুকচেল চাউরবা অমদি নিপাগী মনুংদা অথোইবা দুষ্মন্ত হায়বা নিংথৌ অদুনি ।।৩৪।। জগৎ অম্বিগী মনুংদা থব্রাইদগী হেন্না কল্লবা অমদি পূকচেল চাউববা নচানিপা অমা পোকদৌরি, মহাক অদুনা সমুদ্রনা থাঙ্গপাৎ ওইনা কোয়রিবা পৃথিবী পুম্নমক্কী অমতা ওইবা নিংথৌ ওইরগনি ।।৩৫।। নংগী নচা নিপা সম্রাট অসিনা যেক্লবশিংবু ভমগে হায়দুনা লাল হেক হেক চংলকপা মতমদা কনাগুম্বা অমতনা মহাককী লাম্মি তেঙ্গোনবু করিম্ব তৌবা ঙমলোই ।।৩৬।। অদুগী মতুংদা, শকুন্তলানা মহর্ষি কণ্বগী মবেংবান্দগী যজ্ঞশিং, কুশ অমদি উহৈ বাহৈগী মপুন অদু থাংথরগা মপাগী খোং অনিদু হাম্মি; মতুংদা ভহাক পোথারবা তুংনা শকুন্তলানা হায়খি —ঐনা ইশামক যানা নিপারক্তগী অথোইবা নিংথৌ দুষ্মন্তবু ইপুরোইবনি হায়না খোজীরুরে। অদুনা নিংথৌ অদুবু মহাকী মন্ত্রীশিংগা লোয়ননা চানখিযু ।।৩৭—৩৮।। কণ্বনা হায়খি—শকুন্তলা ! নংগীদমক্তা ঐনা দুষ্মন্তদা করিমতা শাওরা নৈদে অহোয়নত্রম, পেল্লিবনি। অদুনা ইবেম্মা ! মংনা হেক পাম্বা বরদো ঐগোন্দা নিযু ।।৩৯।। বৈশম্পায়ননা হায়খি— অদুগী মতুংদা শকুন্তলানা দুষ্মন্তগী কান্নবা থন্দুনা পুরু বংশগী ধর্ম্ম কাইদবা অমদি বংশ অসিনা মতম কুইনা পানবা বর অসি কণ্বদা নিখি অমদি লৌখি ।।৪০।।

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারততা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদি পর্ব্বদা সম্ভবতা শকুন্তলাগী মতাংদা মরিফুতরেং শুবা অধ্যায় লোইরে ।।০।।

——:*:——

# শ্রীমহাভারতম্

## আদিপর্ব—সম্ভবে শাকুন্তলং সমাপ্তং

### ( মরিফুনিপাল শুবা অধ্যায় )

——:(*):——

বৈশম্পায়ন উবাচ।

প্রতিজ্ঞায় তু দুষ্মন্তে প্রতিযাতে শকুন্তলা। অসূত গর্ভং বামোরূঃ কুমারমমিতৌজসম্ ॥১॥

ত্রিষু বর্ষেষু পূর্ণেষু দীপ্তানলসমদ্যুতিম্। রূপৌদার্য্যগুণোপেতং দৌষ্মন্তিং জনমেজয়। ॥২॥

জাতকর্ম্মাদিসংস্কারং কণ্বঃ পুণ্যকৃতাং বরঃ। বিধিবৎ কারয়ামাস বর্দ্ধমানস্য ধীমতঃ ॥৩॥

দন্তৈঃ শুক্লৈঃ শিখরিভিঃ সিংহসংহননো মহান্। চক্রাঙ্কিকরঃ শ্রীমান্ মহামুর্দ্ধা মহাবলঃ ॥৪॥

কুমারো দেবগর্ভাভঃ স তত্রাশু ব্যবর্দ্ধত। ষড়্বর্ষ এব বালঃ কণ্বাশ্রমপদং প্রতি ॥৫॥

সিংহব্যাঘ্রান্ বরাহাংশ্চ মহিষাংশ্চ গজাংস্তথা। ববন্ধ বৃক্ষে বলবানাশ্রমস্য সমীপতঃ ॥৬॥

আরুহন্ দময়ংশ্চৈব ক্রীড়ংশ্চ পরিধাবতি। ততোহস্য নাম চক্রুস্তে কণ্বাশ্রমনিবাসিনঃ ॥৭॥

অস্ত্বয়ং সর্বদমনঃ সর্ব্বং হি দময়ত্যয়ম্। স সর্বদমনো নাম কুমারঃ সমপদ্যত ॥৮॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়খি-- মহারাজ জনমেজয়। দুষ্মন্তনা মতৌ অসুমনা ব্রাশক্লম্লগা চৎখিবসি চহি অহুম মপুং যাখ্রে; শকুন্তলাগী যজববা মচানিপা অমা পোকখি; দুষ্মন্তগী মচানিপা অসিগী হকচাংগী তেক্তনা মৈগী মতৌগুম ঙাল্লি অমদি লংঙি, অদুগা মাগী হকচাংগী মশেং-মঙাল ফিরেপ অদো—অতৈগা থক মান্নদে।১—২॥ ধর্ম্মচেনবগী অথোইবা ওইরবা কণ্বনা শাস্ত্রবিধি মতুংইন্না ঙ্কমিৎ খুদিংগী চাউরকইবা অঙাং অদুগী জাত-কর্ম্মনচিংবা সংস্কার মথং তৌখি॥৩॥ মতমগী মংংইননা—ফজরবা অঙাং অদুগী ঙৌববা লংলবা মযা মচা মচা ছোরবলে, মশা অঙ্ক নোংশা মচাগী মতৌগুমনা নোয় অমদি কল্লি, মবেপকা মহালগা যেংবদা মরেপনা ঙম্বা অঙাংনি, মখুবাক্তা অফ অফবা থুদমগী ময়ি তারি, কুচ্-কুমেন য়েংবদা পুকনিং হুনবগী মশকনি, মকোক চাউই, মরাইবক ফল্লি অদুগা মপাঙ্গল য়ামনা কল্লি, মতৌ অসুম তৌনা অংাং অসি কণ্বমুনিগী আশ্রমদা নোংমা নোংমগী অসুম চাউবকই; অসুম তৌরনা অঙাং অসি চহি তরুক শুবক্লে, মমাম্নবা অতৈদগী কা হেম্না কল্লি; অদুমক্তনা চহি মত্তাং অসিদা নোংশা, কৈ, ওক, ইরোই অমদি শামু মচা মচা ফাবগা কোন্দুনা পুরক্লগা আশ্রম মনাক্তা হৌরিবা উপাম্বীশিং অম্নদা হেক হেক পুম্লে॥৪—৬। অদুদগী অমুবস্থ কবি কবিগুমবা মতমদা চীংথক্তা অমদি ব্রাংলবা উজাউ মথক্তা হেক কাখৎলুই; অদুগা কবি কবিগুম্বা মতমদস্থ বনগী অথৌবা শা মচা মচা ফাক্নগা নমনৈ, মখোযবু অব্রাবা পী, করি কবিগুম্বা মতমদস্থ কৈ মচা শিংগা শান্নমিন্নৈ অমস্থং ত্রো ত্রো লাক্তুনা চিংঙি; মরম অদুনা আশ্রমদা লৈবা মীশিংনা মাগী মতিকচাবা মমিং থোনখি॥৭॥ অঙাং অসি কল্লবা জীব-জন্তু পুমনমক দমন তৌবা ঙমলে. অদুনদি

বিক্রমেণৌজসা চৈব বলেন চ সমন্বিতঃ। তং কুমারমৃষির্দৃষ্ট্বা কর্ম্ম চাস্যাতিমানুষম্ ॥৯॥
সময়ো যৌবরাজ্যায়েত্যব্রবীচ্চ শকুন্তলাম্। তস্য তদ্বলমাজ্ঞায় কণ্বঃ শিষ্যানুবাচ হ ॥ ০॥
শকুন্তলামিমামাশু সহপুত্রামিতো গৃহাৎ। ভর্ত্তুঃ প্রাপয়তাগারং সর্ব্বলক্ষণপূজিতাম্ ॥১১॥
নারীণাং চিরবাসো হি বান্ধবেষু ন রোচতে। কীর্ত্তিচারিত্রধর্ম্মঘ্নস্তস্মান্নয়ত মা চিরম্ ॥১২॥
তথেত্যুক্ত্বা তু তে সর্ব্বে প্রাতিষ্ঠন্ত মহৌজসঃ। শকুন্তলাং পুরস্কৃত্য সপুত্রাং গজসাহ্বয়ম্ ॥১৩॥
গৃহীত্বামরগর্ভাভং পুত্রং কমললোচনম্। আজগাম ততঃ শুভ্রদুষ্মন্তবিদিতাত্মনা ॥১৪॥
অভিসৃত্য চ রাজানং বেদিতা চ প্রবেশিতা। সহ তেনৈব পুত্রেণ বালার্কসমতেজসা ॥১৫॥
নিবেদয়িত্বা তে সর্ব্বে আশ্রমং পুনরাগতাঃ। পূজয়িত্বা যথান্যায়মব্রবীচ্চ শকুন্তলা।
অয়ং পুত্রস্ত্বয়া রাজন্! যৌবরাজ্যেঽভিষিচ্যতাম্ ॥১৬॥
ত্বয়া হ্যয়ং সুতো রাজন্! মষ্যুৎপন্নঃ সুরোপমঃ। যথাসময়মেতস্মিন্ বর্ত্তস্ব পুরুষর্ষভ! ॥১৭॥

---

মাগী মমিং অসি "সর্ব্বদমন" অসুম হায়না থোল্লসি; অসুম তৌনা মী পূমনমকনা মাবু "সর্ব্বদমন" কৌনখি ॥৮॥ অসুম তৌনা অভাং অসি মপাঙ্গল্দা, মথৌনাদা, মরিন্দ অমদি ইচংথৌবা খাংহৈবদা, নোংমা নোংমগী অসুম অসুম হেঙ্গ'লকখি, মহাককী চহি মতাং অদুগা মী খব্রাইনা ভমদবা তৌ-থোরকইবা থবক পূমনককা মমান্নবগা মান্নদবা শক্তি অদু উবদা মহর্ষি কণ্বনা শকুন্তলাদা হাযখি—ঈবেম্মা! অভাং অসি যুবরাজ ওইননবগী চহি তাপ্পা অমদি শক্তি পূমনমক লাক্লে, অসি হাযবগা শিষ্যশিংদা কণ্ব ঋষিনা হাযখি— ইচাশা! হিরম পূমনমক্তা অব্রাৎপা নৈতনা থাগৎনিংঙাই ওইববী—শকুন্তলা অসি মচানিপা অসিগা লোয়ননা থিনবিক চৎলু।১০—১১॥

করি মবমননো হাযবদা, মুপীনা অমদি থোইদোক হেন্দোকনা হাযরবদা নিঙোম্না মতম কুইনা মপামদা লৈববদি মহাককী লমচত্তা ধর্ম্ম অমদি সমাজগী মঙ্গংদা মিংচৎ মাংবা অমদি চাং তাবগী অকিবা চিংনবা য়ামনা পোকপা যানা লৈ; মবম অদুনা মাসি শাগে নাতৈনসু, যানিংবা পোৎ নত্তে, অদুনা নখোয় পূমনমক থিল্লগনু, থুনা যাংনা থিনবিকরো ॥১২॥ যামনা ফনি গুরুদেব! অসুম হায়দুনা—তেজ লৈরবা শিষ্য পূমনমক অদুনা শকুন্তলাবু সর্ব্বদমনগা লোয়ননা হস্তিনাপুর তান্না যাত্রা তৌথি ॥১৩॥ অদুগী মতুংদা মমাংঙৈদা দুষ্মন্তনা মুন্না খংখ্রবা স্বভাবনা মাগী ওইববী শকুন্তলা অসি থম্বাল লৈনাগী মতৌগুম মিত্ত্রা ফজরবা, স্বর্গগী লাইমচা মানবা মচা অদুগা লোয়ননা হস্তিনাপুরদা থুংখি।১৪॥ মতুংদা নিংথোগী সন-থোংদা থুংউবদা থোং শংবশিংনা নিংথৌগী মফমদা চংদুনা তম্মুই, অদুদগী নিং-থৌগী য়াথং মতুংইন্না অনৌবা থোরকপা সূর্মিৎকী মতৌগুম নিংথিবা, তেজপুঞ্জ লৈরবা মচা অসিগা লোয়ননা শকুন্তলানা কোঙ্গুং মন্নুংদা চংশিনখি ॥১৫॥ তসোমদা কণ্ব ঋষিগী শিষ্যশিংনা ঐথোয় হঞ্জরগে হায়না তাক্লমগা শকুন্তলাদগী বিদায লৌদুনা আশ্রমদা হনখি। অদুগা শকুন্তলানা নাক্তা চংশিনখি-মতিকচাবা ব্যবহারনা নিংথৌদা খুরুমদুনা হায়জরকই— মহারাজ! মহারাজগী নচা অসে যুবরাজ ওই-নবা অভিষেক তৌবিরো ॥১৬॥ মহারাজ! লাইগুম ফজরবা নচানিপা অসে, মহারাজনা ঐগী গর্ভদা পোকপিখিবনি; মরম অদুনা মমাংঙৈদা ঐগী ঈকমদা ব্রাশকপিখিবা অদুগী মতুংইন্না থবক তৌবিযু

যথা সমাগমে পূর্বং কৃতঃ স সময়স্ত্বয়া। তং স্মরস্ব মহাভাগ! কণ্বাশ্রমপদং প্রতি ॥১৮॥
সোঽথ শ্রুত্বৈব তদ্বাক্যং তস্যা রাজা স্মরন্নপি। অব্রবীন্ন স্মরামীতি কস্য ত্বং দুষ্টতাপসি! ॥১৯॥
ধর্ম্মকামার্থসম্বন্ধং ন স্মরামি ত্বয়া সহ। গচ্ছ বা তিষ্ঠ বা কামং যদ্বাপীচ্ছসি তৎ কুরু ॥২০॥
সৈবমুক্তা বরারোহা ব্রীড়িতেব তপস্বিনী। নিঃসংজ্ঞেব চ দুঃখেন তস্থৌ স্থাণুরিব নিশ্চলা ॥২১॥
সংরম্ভামর্ষতাম্রাক্ষী স্ফুরমাণৌষ্ঠসম্পুটা। কটাক্ষৈর্নির্দ্দহন্তীব তির্য্যগ্রাজানমৈক্ষত ॥২২॥
আকারং গূহমানা চ মন্যুনাভিসমীরিতম্। তপসা সম্ভৃতং তেজো ধারয়ামাস বৈ তদা ॥২৩॥
সা মুহূর্ত্তমিব ধ্যাত্বা দুঃখামর্ষসমন্বিতা। ভর্ত্তারমভিসম্প্রেক্ষ্য ক্রুদ্ধা বচনমব্রবীৎ ॥২৪॥
জানন্নপি মহারাজ! কস্মাদেবং প্রভাষসে। ন জানামীতি নিঃশঙ্কং যথান্যঃ প্রাকৃতো জনঃ ॥২৫॥
অত্র তে হৃদয়ং বেদ সত্যস্যৈবানৃতস্য চ। কল্যাণং বদ সাক্ষ্যেণ মাত্মানমবমন্যথাঃ ॥২৬॥
যোঽন্যথা সন্তমাত্মানমন্যথা প্রতিপদ্যতে। কিং তেন ন কৃতং পাপং চৌরেণাত্মাপহারিণা ॥২৭॥
একোঽহমস্মীতি চ মন্যসে ত্বং ন হৃচ্ছয়ং বেৎসি মুনিং পুরাণম্।

---

॥১৭॥ মহারাজ! মমাংঙৈদা মহর্ষি কণ্বগী আশ্রমদা লেংবিবকতুনা ঐগা উনখিবা মতমদা ব্বাশক-পিবস্রদো নিংশিংবিয়ু ॥১৮॥ নিংথৌনা শকুন্তলাগী ব্বা তাবদা মমাংঙৈদা থোকখিবা পূমনমক অদু নিংশিংলবস্ত্র, খংশিন্নদনা হায়বকই— নংনা হায়বিবসি কবিনো, ঐ করিমত্তা নিংশিংবা থোক্তে, পুক-চেল ফত্তনা লাইনিংবী! নংবু করি লমগী মীনো? ॥১৯॥

নংবু ঐগী মুপীনি হায়তনা ধর্ম্ম, অর্থ অমদি কামগী বিষযদা নংগা লোয়ননা ঐগী কবিগুম্বা ঘটনা অমতং থোকখিববা হায়বসি খনবদা পুক্লিংনা লাম্বা ফংদে। মবম অদুনা লৈগেবা চৎখিগেবা নংনা থোকপা তৌ. নত্রগা নংনা তৌনিংবা অমা তৌবা যাগনি ॥২০॥ নিংথৌনা অস্মম হায়বক্লবদা চংজফম লৈত্রবী তোল্লবী শকুন্তলাদো থোইনা ইকাযখিবনা মক লুক্তুনা থাংখি, ব্বাবনা জ্ঞান থাউদবগুম তুমিন্না যুম্বী অমগী মতৌগুম্না লেপ্তুনা লৈখি ॥২১॥ অশাউবা অমদি তপথফম, খংদবনা মমিৎ অনিতু কোৱীগী মতৌগুম ঙাংখি, চিনবান থক-খা থক-থক নিকখি, অত্তগা খাবনা মিৎযেংনা নিংথৌবু চাকথেক্কে হায়বগী মতাগুম যেংলকই; মতৌ অস্মুম্না নিংথৌবোমদা খোযরবা অমদি শাউরবা মিচিনা থানা যেংতুনা লৈখি ॥২২॥ অদুগী মতুংদা মহাক্না মাগী অশাউবা মওংশু লোৎতুনা থমখি, তপস্যাগী শক্তিনা ফংখিবা তেজ পূমনমক অদো মতম অদুদা শাউখিবনা লোযনা ফুদোক্লবস্ত্র মাঙ্গ পুমনমক মানা থিংতুনা থমখি ॥২৩॥ অদুগী মতুংদা ঙহাক্তং মুন্না ব্বাখল তৌরগা শাওবনা অমদি মুংঙায়তবনা নিংথৌবোমদা খানা য়েংতুনা হায়রকই,— মহারাজ! থোকখিবা থৌদোক অদু নিংশিংলবা ফাউবদা কাওশিন্নদুনা করিস্নু লৈত্রবা মীচম অমগী মতৌগুম "ঐদি কাওরে, খংদে" হায়তুনা তাকপীরি ॥২৪—২৫॥ ঐনা হায়রিবসি অচুম্বরা নত্রগা অরানবা হায়বতদি মহারাজগী আত্মানা অদুম্মক খংঙি, মহারাজদি লৈবাককী বিচার পতিনি, বিচার পতি অমনা অচুম্বা ঙাংবা সাক্ষী অমা ওইবিয়ু; মীনম্বা ঙাংদুনা আত্মাবু করিগী থৌওই উশিৎপিত্রিবগে? ॥২৬॥ অদুগুম্বা মহাক অতুনা আত্মাবু অতোপ্পা অমনি হায়না খন্দুনা উশিত্রবা অদু ওইরবদি মহাক অদো আত্মা পহারীনি হায়বদি মশা মথস্তবু হুরাঙ্গবা অমদি

যো বেদিতা কর্ম্মণঃ পাপকস্য তস্যান্তিকে ত্বং বৃজিনং করোষি ॥২৮॥

মন্যতে পাপকং কৃত্বা ন কশ্চিদ্বেত্তি মামিতি। বিদন্তি চৈনং দেবাশ্চ যশ্চৈবান্তরপূরুষঃ ॥২৯॥

আদিত্যচন্দ্রাবনিলানলৌ চ দ্যৌর্ভূমিরাপো হৃদয়ং যমশ্চ।
অহশ্চ রাত্রিশ্চ উভে চ সন্ধ্যে ধর্ম্মশ্চ জানাতি নরস্য বৃত্তম্ ॥৩০॥

যমো বৈবস্বতস্তস্য নির্যাতয়তি দুষ্কৃতম্। হৃদি স্থিতঃ কর্ম্মসাক্ষী ক্ষেত্রজ্ঞো যস্য তুষ্যতি ॥৩১॥

ন তু তুষ্যতি যস্যৈষ পুরুষস্য দুরাত্মনঃ। তং যমঃ পাপকর্ম্মাণং নির্যাতয়তি দুষ্কৃতম্ ॥৩২॥

যোঽবমন্যাত্মনাত্মানমন্যথা প্রতিপদ্যতে। ন তস্য দেবাঃ শ্রেয়াংসো যস্যাত্মাপি ন কারণম্ ॥৩৩॥

স্বয়ং প্রাপ্তেতি মামেবং মাবমংস্থাঃ পতিব্রতাম্। অর্চ্চার্হাং নার্চ্চয়সি মাং স্বয়ং ভার্য্যামুপস্থিতাম্ ॥৩৪॥

---

মাংহল্লবা হায়বা তুনি, অসিগুম্বা মী অসিনা তৌদ্রিবা কবম্বা পাপপু নৌবিবগে ॥২৭॥ মহারাজ! মহারাজনা নশামকপু মহাজ্ঞানীনি হায়না থনবিবি, অদুগা অমুকস্তু মহারাজনা থমোইদুংদা লৈবিবা জীবাত্মা অদুবুদি মশাক খংবিদ্রি। * মরমদি জীবাত্মা হায়বাসিদা অচুম চুমদগী ঈপাউ পুন্নমক থুংলরিবনি। অদুগুম্বা জীবাত্মাগী মফমদা মহারাজনা পাপ লংজ্রবি ॥২৮॥ মী ওইবনা অচিকপা মফমদা লোন্না পাপকী থবক অমা তৌকরগা কনানস্তু উত্তোদে খংদেদে হায়না খল্লি, অদুবু জীবাত্মা অমদি দেবতা পুন্নমক্না উবি খংলিবনি ॥২৯॥ অদুগা নুমিৎ থা নুংশিৎ, মৈ, অতিয়া, পৃথিবী, ঈশিং, পুক্লিং কোৌবা ইন্দ্রি, যম অহিং, নুংথিল, অয়ুক, সন্ধ্যা অমদি ধর্ম্ম পুন্নমক অসিনা মী ওইবনা হেক তৌবিবা থবক পুমনমক উবিবনি ॥৩০॥

অফোংবা — অবোননা কর্ম্ম পুন্নমকপু উরিবা খংলিবা থমোইদা থুপ্পুনা লৈবিবা জীবাত্মা অদুবু মীমহাক অদুনা অফবা কর্ম্মনা শমদি ব্রাগন্না পেলহনবা চুম্বা মীমহাক অদুগী পাপ অদো যম মশা মক্না লাক্তুনা ককথৎপীরি ॥৩১॥ অদুগা হায়রিবা জীবাত্মা অসিবু মশাগী যৎবা কর্ম্মনা অব্বাবা তাহল্লবা অমদি মুংচাইহন্দ্রবা পাপী ওইবদা মী অদুবু যমনা ইহলোকতগা লৌনা অব্বাবা পিবা তৌবে ॥৩২॥ মশা মথন্তবু গৌওইদনুনা মপানথোক্না অতোপ্পা মওং অমগুম পুগোক্তুনা মশাগী অশংবা লোৎলিবা মীমহাক অদো দেবতা অমতনা মাগী মিংচং ওইনিংদে, মঙ্গল অমতা পিনিংদে, করিনা হায়রবু আত্মা (মশামক) না মশামক্কি মফমদা প্রমাণ ওইবা যাদ্রি ॥৩৩॥ ঐদি ইপুবোইবদগী হেন্না অতোপ্পা অমদা পুক্লিং চংদ্রিবীনি; মরম অদুনা ইশামক্কা লাক্তুনা মহারাজদা হায়জবিবা অসিনি, ঐবু থৌওদবা তৌবিগন্নু। মরমদি মুপী হায়বসি মপুবোইবগী মফমদা হিবন পুন্নমক্তা মশামক্কা চংজরক্লবস্তু তরাম তরাম লুনা তৌফম থোকপনি; অদুবু মহারাজদি ঐবু কবিনতা গৌওইবিদে, মাহ য়াম্না লাল্লি ॥৩৪॥

---

* টীকা — হায়বদি জ্ঞান অমদি কর্ম্মদা চংশিনবা মীঅংগাওবা জীবাত্মা হায়বদি "ঐ" হায়বা পোৎশক অসি মুন্না থংদ্রিমথৈ মহাক অদুবু থাজে শেবা জ্ঞানী অমদি কর্ম্মীনি হায়বা যাদে। উপনিষত্তা "অহমেব বেদঃ" অমুম হায়না তায়রি, হায়বদি অসিগী অর্থদি থগাদোবিবা অমদি থগাদোবা পোৎশক হায়ববু "অহম" হায়বাসিতনি। বেদ শাস্ত্র, ন্যায়, বেদান্ত, মীমাংসানচিংবনা ওসি ফাউবদা মাগী মাগী মত পুগোক্তুনা হৈৎনরিবাসি "ঐ" হায়বা পোৎশক অসি নৈন হুনা তাননবা তোৎনবতনি। মরম অদুনা জীবাত্মা অসিবু মুন্না হশক থমদুনা মাবু থোইদনা মশামক্ত মীনম অরিবা মী অদো জ্ঞানী নত্তে পাপীনি ॥

কিমর্থং মাং প্রাকৃতবদুপপ্রেক্ষসি সংসদি। ন খল্বহমিদং শূন্যে রৌমি কিং ন শৃণোষি মে ॥৩৫॥

যদি মে যাচমানায়া বচনং ন করিষ্যসি। দুষ্মন্ত! শতধা মূর্দ্ধা ততস্তেঽদ্য স্ফুটিষ্যতি ॥৩৬॥

ভার্য্যাং পতিঃ সম্প্রবিশ্য স যস্মাজ্জায়তে পুনঃ। জায়ায়াস্তদ্ধি জায়াত্বং পৌরাণাঃ কবয়ো বিদুঃ ॥৩৭॥

যদাগমবতঃ পুংসস্তদপত্যং প্রজায়তে। তত্তারয়তি সন্তত্যা পূর্ব্বপ্রেতান্ পিতামহান্ ॥৩৮॥

পুন্নাম্নো নরকাদ্যস্মাত্ত্রায়তে পিতরং সুতঃ। তস্মাৎ পুত্র ইতি প্রোক্তঃ স্বয়মেব স্বয়ম্ভুবা ॥৩৯॥

সা ভার্য্যা যা গৃহে দক্ষা সা ভার্য্যা যা প্রজাবতী। সা ভার্য্যা যা পতিপ্রাণা সা ভার্য্যা যা পতিব্রতা ॥৪০॥

অর্দ্ধং ভার্য্যা মনুষ্যস্য ভার্য্যা শ্রেষ্ঠতমঃ সখা। ভার্য্যা মূলং ত্রিবর্গস্য ভার্য্যা মূলং তরিষ্যতঃ ॥৪১॥

ভার্য্যাবন্তঃ ক্রিয়াবন্তঃ সভার্য্যা গৃহমেধিনঃ। ভার্য্যাবন্তঃ প্রমোদন্তে ভার্য্যাবন্তঃ শ্রিয়ান্বিতাঃ ॥৪২॥

---

মহারাজনা সভা মনাইদা, 'সভাসন মথক্তা যম্নগা তোল্লবী জাৎ অতোনবদা পোক্লবী মুপী অমদা তোংদোবা ব্যবহারবু ঐভোন্দা তৌবিরিবা করিগানো ? লজ্জাংদা কপ্পা-লাউববু কনানা তাবিদবাগুম্না ঐগুম্বী অমনা সভা অসিদা হায়জববু করিগী থোওইবিদ্রবনো ? ঐনা ঙাংলিবা শকলিবা পুম্নমক অসি শুন্যদা লাউবগুম থোক্লবা ? করিগীদমক ঐনা হায়রিবাসি থোওইনা তাবিদ্রবনো ? ॥৩৫॥ ঐনা ঙসি মহারাজগা নাক্তা লৈগে হায়দুনা লাকচবি অমদি হায়জরি, মাসিদা মহারাজনা মথাবিদ্রবদি মহারাজগী মকোক অদো মশুং চামথোক্না মনাইনা কায়জগদোবনি ॥৩৬॥

মপুরোইবনা ভার্য্যাগী গর্ভ মথংদা চংদুনা মচাগী মশক ওইনা অমুক পোকপদনি, অদুগা ভার্য্যাবু "জায়া" কৌই হায়না পৌরাণিক পণ্ডিতশিংনা হায়রি * ॥৩৭॥ বেদগী সংস্কারনা চিংবনা তিল্লবা নিপা অদুগী তেজদগী মাতুমকনা ভার্য্যাগী গর্ভদগী মচা ওইনা পোকপনি, অদুগা মচা শারিবা অদুনা অমুক মচা মশু পোকলমগা হান্না-হান্নগী মপা-মপু ওইবশিংশিং অদুবু উদ্ধার তৌই ॥৩৮॥ ("পুং" হায়বা নরক অদুদগী মপা মপুবু কনবি হায়দুনা ব্রহ্মা মশামকনা মচা হায়বা জাৎ মথৈবু পুত্র হায়বা মিং অসি থোনখিবনি ॥৩৯॥ যুমগী থবক্তা হৈ-শিংবী নুপী অদো মতৌনা ভার্য্যানি; মচানিপা পোকলবী নুপী অদো মাতনা ভার্য্যানি, মপুরোইবাবু মথৱাইমক্তা মাননা চংশিজরিবী নুপী অদুতনা ভার্য্যানি অদুগা মপুরোইবা নত্তবা অতোপ্পা নিপা অমদা পুকনিং চংদ্রবী অদুতনা ভার্য্যানি ॥৪০॥ নুপী হায়বসি নিপাগী হকচাং তংখাইনি, মপুরোইবগী থৱাইদগী হেনবা মরুপনি; নুপীতনা ধর্ম্ম, অর্থ, অমদি কামগী অহোইবা খুৎলাইনি মরমদি ভার্য্যা হায়বা অসিতনা খুদম ফংনবগী থৱাইদগী মরুনি ॥৪১॥ অসিগুম্বী ভার্য্যা লৈরিবা মখোয় অত্তনা কর্ম্মকাণ্ড, যজ্ঞনচিংবা তৌবগী অধিকার ফংজরিবনি, মখোয় অদুদগী গৃহস্থ ধর্ম্ম ওইবিবনি, মাখোয় অদুতনা সমাজদা হন্নাউ তথাংবা খুংঙাইবা ফংই অদুগা মখোয় অদুতনা সভা মমাংদা যক্তবা নিংথিবা মওংবু অমদি মকম পুন্নামক্তা লেমজবা ফংজবা ঙমই ॥৪২॥

---

* টীকা।— পুত্ররূপেণ পতিঃ যস্যাঃ গর্ভে জায়তে ইতি জায়া। মপুরোইবম' মচাগী মশক ফোঁহনা মহাক্কী গর্ভদা পোকলৈ হায়রনা মতুবু জায়া কৌই। জন ধাতুদগী জায়া হায়বা শব্দ অসি থোকই।

সখায়ঃ প্রবিবিক্তেষু ভবন্ত্যেতাঃ প্রিয়ংবদাঃ। পিতরো ধর্ম্মকার্য্যেষু ভবন্ত্যার্ত্তস্য মাতরঃ ॥৪৩॥
কান্তারেষ্বপি বিশ্রামো জনস্যাধ্বনিকস্য বৈ। যঃ সদারঃ স বিশ্বাস্যস্তস্মাদ্দারাঃ পরা গতিঃ ॥ ৪৪ ॥
সংসরন্তমপি প্রেতং বিষমেষ্বেকপাতিনম্। ভার্য্যৈবান্বেতি ভর্ত্তারং সততং যা পতিব্রতা ॥ ৪৫॥
প্রথমং সংস্থিতা ভার্য্যা পতিং প্রেত্য প্রতীক্ষতে। পূর্ব্বং মৃতঞ্চ ভর্ত্তারং পশ্চাৎ সাধ্ব্যনুগচ্ছতি ॥৪৬॥
এতস্মাৎ কারণাদ্রাজন্! পাণিগ্রহণমিষ্যতে। যদাপ্নোতি পতির্ভার্য্যামিহ লোকে পরত্র চ ॥ ৪৭॥
আত্মাত্মনৈব জনিতঃ পুত্র ইত্যুচ্যতে বুধৈঃ। তস্মাদ্ভার্য্যাং নরঃ পশ্যেন্মাতৃবৎ পুত্রমাতরম্ ॥৪৮॥
ভার্য্যায়াং জনিতং পুত্রমাদর্শেষ্বিব চাননম্। হ্লাদতে জনিতা প্রেক্ষ্য স্বর্গং প্রাপ্যেব পুণ্যকৃৎ ॥ ৪৯॥
দহ্যমানা মনোদুঃখৈর্ব্যাধিভিশ্চাতুরা নরাঃ। হ্লাদন্তে স্বেষু দারেষু ঘর্ম্মার্ত্তাঃ সলিলেষ্বিব ॥৫০॥
সুসংরব্ধোঽপি রামাণাং ন কুর্য্যাদপ্রিয়ং নরঃ। রতিং প্রীতিঞ্চ ধর্ম্মঞ্চ তাস্বায়ত্তমবেক্ষ্য হি ॥ ৫১ ॥
আত্মনো জন্মনঃ ক্ষেত্রং পুণ্যং রামাঃ সনাতনম্। ঋষীণামপি কা শক্তিঃ স্রষ্টুং রামামৃতে প্রজাম্ ॥৫২॥

---

অথোৎপা —অমেংবা ভাংবী ভার্য্যানা অচিকপদা মপুরোইবগী বন্ধুনি, ধর্ম্ম, কর্ম্ম তৌরকপা মতমদা পিতাগী মশক্কি নাবক যেকলকপা মতমদা মাতাগী মশক্কি। পিতা মাতা অনিমককী মশক ওইবা ভার্য্যানি ॥৪৩॥ সংসারগী মশক লৌববা. তিংখংনা থল্লবা — তোম্বা লম্বীগী যাত্রিক ওইবা মতমদা ভার্য্যাতনা পোথাক্ফমনি অন্তগা তসিগুম্বী ভার্য্যা লৈবা নিপাতনা থব্বাইগী থাজনিংঙাযনি। মবম অদুনা সংসার— ক্ষেত্র অসিদা ভার্য্যাতনা থবক হিবম খুদিংমক্তা পাইম্বনি ॥৪৪॥ মপুরোইবনা শিরবদা জীবনা মথন্তু অকিবগী মশক ফংলবা লম্বীদা চৎখিবদা পতিব্রতা ওইবী ভার্য্যাতদি ইন্নবকই ॥৪৫॥ ভার্য্যানা হান্না শিববদি অদম ওইবী সতী ওইবী মপী অদুনা পরলোকত মপুরোইববু ওকক-দৌবগী হান্না ভাযদুনা লৈরুই ; অদুগা মপুরোইবনা হান্না শিবগা সতী অদুনা তুং ইন্নখি ॥৪৬॥ মহারাজ ! মপুরোইবা হাযবা অসিনা মপোক অসিদসু ভার্য্যাবু ফংঙি, পরলোকতা ফংলুরিবা মীশকসু ভার্য্যা অদবুত্তনি, অসিমক্তনা বিবাহ কর্ম্ম তৌনবিবনি ॥৪৭॥ জ্ঞানীশিংনা অসুম হায়নৈ :—মপুরোইবা হায়বা অসিনা ভার্য্যাগী গর্ভদা মচা ওইনা চংদুনা পোকউবা মবমনা নিপা অদুনা মচা পোকপী মুপীবু মশামক্কী মমাগুম খল্লি অমদি উই ॥৪৮॥ মুংশেলদা মশক মথন্তুগী মমি তাবগুম ভার্য্যাগী মশক ওইরবা মুংশেলদা মচাগী মশক ওইববা মমি তাই ; মরম অদুনা ধর্ম্ম চেনবা মীশিংনা ধর্ম্মবু ফংলগা মুঙাইবা অদুগুম্না মপানা মচাবু উরগা মুঙাইজৈ ॥৪৯॥ তুম্মাংনা পুমচোৎ চোৎলবা মীনা ঈশিংদা চোংথরগা লুপলগা মুঙাইবা পোথাবা ফংবা অদুগুম নারবা অমদি অন্নাবা তারবা মপুরোইবনা মপুরোইবা নিংবী ভার্য্যাগী মশক উরগা অমদি লৈমিন-ফম্মিন্নরগা অন্নাবা পোথাবা ফংজৈ ॥৫০॥ লুঙাইমিন্নবা, নুংশিমিন্নবা অমদি ধর্ম্মগী থবক্তা নুপী হাযবা অসিগী মথা পোন্নবনিকো হাযবসি খংদুনা ফনা শাও-নিংবমক লৈরবসু নিপানা করিগুম্বা মতমদা নুপীগী থব্বায় হকচাংদা অন্না অনা থক পিরোইদবনি ॥৫১॥

নুপী হায়বা অসিদুনা মশাগী শোংলবা, মতম লৈবা খিবিকলী পোক্কফমনি ; অসিগুম্বী নুপীগী শক্তি অসি য়াওদনা মুনি ঋষিশিংমককীসু সন্তান সৃষ্টি তৌনমবগী উপায় অতৈ অমা লৈতে॥ ৫২ ॥

পরিপত্য যদা স্বমুর্খ রণীরেণুগুন্ঠিতঃ। পিতুরাশ্লিষ্যতেঽঙ্গানি কিমস্ত্যভ্যধিকং ততঃ ॥৫৩॥
স ত্বং স্বয়মভিপ্রাপ্তং সাভিলাষমিমং সুতম্। প্রেক্ষমাণং কটাক্ষেণ কিমর্থমবমন্যসে ॥৫৪॥
অণ্ডানি বিভ্রতি স্বানি ন ভিন্দন্তি পিপীলিকাঃ। ন ভরেথাঃ কথং নু ত্বং ধর্মজ্ঞঃ সন্ স্বমাত্মজম্ ॥৫৫॥
নবাসসাং ন রামাণাং নাপাং স্পর্শস্তথাবিধঃ। শিশোরালিঙ্গ্যমানস্য স্পর্শঃ সূনোর্যথা সুখঃ ॥৫৬॥
ব্রাহ্মণো দ্বিপদাং শ্রেষ্ঠো গৌর্বরিষ্ঠা চতুষ্পদাম্। গুরুর্গরীয়সাং শ্রেষ্ঠঃ পুত্রঃ স্পর্শবতাং বরঃ ॥৫৭॥
স্পৃশতু ত্বাং সমাশ্লিষ্য পুত্রোঽয়ং প্রিয়দর্শনঃ। পুত্রস্পর্শাৎ সুখতরঃ স্পর্শো লোকে ন বিদ্যতে ॥৫৮॥
ত্রিষু বর্ষেষু পূর্ণেষু প্রজাতাহমরিন্দম। ইমং কুমারং রাজেন্দ্র! তব শোকবিনাশনম্ ॥৫৯॥
আহর্ত্তা বাজিমেধস্য শতসংখ্যস্য পৌরবঃ। ইতি বাগন্তরিক্ষে মাং সূতকেঽভ্যবদৎ পুরা ॥৬০॥
ননু নামাঙ্কমারোপ্য স্নেহাদ্গ্রামান্তরং গতাঃ। মূর্দ্ধ্নি পুত্রানুপাঘ্রায় প্রতিনন্দন্তি মানবাঃ ॥৬১॥
বেদেষ্বপি বদন্তীমং মন্ত্রগ্রামং দ্বিজাতয়ঃ। জাতকর্মণি পুত্রাণাং তবাপি বিদিতং তথা ॥৬২॥

---

উৎফুল ব্রাইফুল তৈববা মচানা মপাদা কোল্লবদা মুংঙাইবা অদুদগী হেনবা করম্বা মুংঙাইবা অমা মপাগী মফমদা জগৎ অসিদা লৈবগে ? ॥ ৫৩ ॥ অসিগুম্বা নচানা মশামক লাক্কুনা মহারাজগী নতমপাক্তা কাখৎনিংঙি অমদি খোযরবা মুংশিববা মিৎযেংনা মহারাজবোমদা লাংতকননা য়েংজরি, অসিগুম্বা ফীবমদা মহাবাজনা নচা অসিবু কবিগী গৌওইবিদ্রি ? ॥৫৪॥ পীকলবা কূপলবা ককচেংনা চিংবা তীলদসু মাগী মাগী মকস্থ মুংশিনা কোন্দুনা পুরি, খক থাদোকউ হাযবা য়াদে; অসিগুম্বা অবস্থাদা লৈরবা নচাবু ধৰ্ম্ম খংবা নিংথৌ অমনি হায়রগা করিমতা মুংশি থৌওইবীররোইদরা ? ॥৫৫॥ মফী মরোন পানা শেৎলবী ফজরবী নুপীগা অমদি ওলাং-ওলশাউবা মতমদা অইংবা ঈশিংগা শোক্লম্বদা মুংঙাইবা অদুনা উফুল-ব্রাইফুল তৈরবা মশামক্কী মশক ওইরবা পীকলিবা মচাবু কোম্লরগা ফংবা মুংঙাইবা অদুদগী হেনবরা ? ॥৫৬॥ মখোং অনি পানবা থব্বাই পানবশিংগী মমুংদা ব্রাহ্মণনা থব্বাইদগী অথোইবনি, মখোং মরি পানবাশিংগী মমুংদনা যগনা অথোইবনি, গুরুশিংগী মমুংদনা মপা কৌবা গুরুনা অথোইবনি, শোকপা-পনবা য়াবা পোৎশিংগী মমুংদা পুত্র হায়বা অসিতনা অথোইবনি, ॥৫৭॥ ফজরবা নচা অপিশক অসিবু কোম্লরগা মুডাইবদো ফংবিয়ু মহারাজ। করিনা হায়ববু মচা শম্নবদা মুডাইবা অদুক মুংঙাইবা অতৈ অমা জগত্তা লৈত্রবনি ॥৫৮॥

মহারাজ! মহারাজগা ঐগা লৈপ্নুন ওইনখিবা মুমিৎ অদুদগী চহি অহুম হেক ফাবদা নচা ইবুংঙোসে পোকচরবনি, নচা অসি উজবনা মহারাজগী থাংওমত্রবা কায়নবগী মৈচাকপু মতম অহুক কুইনা কাউবা ওমজরক্লিবীনি ॥ ৫৯ ॥ মীগী মনুংদা অথোইবা! অঙাং অসি পোকপা মতমদা "অঙাং অসে, পুরুবংশগী অথোইবা নিংথৌ অমা ভুংদা ওইরক্কনি অদুগা অশ্বমেধ যজ্ঞ চামরক তৌরকখিগনি, খংঙু! "অহুম হায়না আকাশ বাণী তৌখিত্রবনি ॥ ৬০ ॥ মহারাজ! মিপানা করিগুম্বা লম অমা চৎলমদায় মতমদা মচাবু মুংশিনা মথাদা কোল্লমদুনা অমদি মকোক্তা নাম্দুনা নমঙনা য়াম্না মুংঙাইনা! মচাদগী বিদায় লৌরগা চৎলরিবনি ॥৬১॥ মচাগী জাতকৰ্ম্ম নাচিংবা তৌবা মতমদা ব্রাহ্মণশিংনা বেদ মন্ত্র পুরুনমকসি

অঙ্গাদঙ্গাৎ সম্ভবসি হৃদয়াদধিজায়সে। আত্মা বৈ পুত্রনামাসি স জীব শরদঃ শতম্ ॥৬৩॥
পোষো হি ত্বদধীনোঽয়ং সন্তানোঽপি তবাক্ষয়ঃ। তস্মাত্ত্বং জীব মে পুত্র! সুসুখী শরদাং শতম্ ॥৬৪॥
ত্বদঙ্গেভ্যঃ প্রসূতোঽয়ং পুরুষাৎ পুরুষোঽপরঃ। সরসীবামলে আত্মানং দ্বিতীয়ং পশ্য বৈ সুতম্ ॥৬৫॥
যথা হ্যাহবনীয়োঽগ্নির্গার্হপত্যাৎ প্রণীয়তে। তথা ত্বত্তঃ প্রসূতোঽয়ং ত্বমেকঃ সন্ দ্বিধাকৃতঃ ॥৬৬॥
মৃগাবকৃষ্টেন পুরা মৃগয়াং পরিধাবতা। অহমাসাদিতা রাজন্! কুমারী পিতুরাশ্রমে ॥৬৭॥
উর্বশী পূর্বচিত্তিশ্চ সহজন্যা চ মেনকা। বিশ্বাচী চ ঘৃতাচী চ ষড়েবাপ্সরসাং বরাঃ ॥৬৮॥
তাসাং মাং মেনকা নাম ব্রহ্মযোনির্বরাপ্সরাঃ। দিবঃ সম্প্রাপ্য জগতীং বিশ্বামিত্রাদজীজনৎ ॥৬৯॥
সা মাং হিমবতঃ প্রস্থে সুষুবে মেনকাপ্সরাঃ। অবকীর্য্য চ মাং যাতা পরাত্মজমিবাসতী ॥৭০॥
কিন্নু কর্মাশুভং পূর্ব্বং কৃতবত্যস্মি জন্মনি। যদহং বান্ধবৈস্ত্যক্তা বাল্যে সম্প্রতি চ ত্বয়া ॥৭১॥

---

পাঠ তৌবিবনি; মাসি পুমনমক মহাবাজনা থংবিরিবনি ॥৬২॥ পুত্র! নং অসি ঐগী হকচাং কাযাৎ পুমনমকতগী শরুক অমম ওইনা থোবকতুনা অমদি থোইদোক হেন্দোবনা থমোইনবকতগী চোংথোবকতুনা পোকলবনিদো মবম অদুনা নং অসি ঐগী আত্মানি, আত্মা নহাকনা হৌজিকতি নমিং পুত্র কৌহনা থোবকলেদো, অদুনা নংনা পুনশিবদি ঐনা পুনশিনবনি; অদুনা চহি চামা পুনশিয় ॥৬৩॥ অহল ওইববা কান্দা ঐবু য়োক-থাবলগদৌরিবা নংগী নথা পোল্লগদৌরিবনি, অদুগা নংগী বংশা অদো অমাং তনা লৈতনা মুংঙাইনা পানবা ওইহৌগদৌবিবনি। মবম অদুনা হে পুত্র! নংনা য়ামনা মুংঙাইনা মীওইবগী পুনশি চহি চামচুপ্পা নচা নপু পোকলকতুনা লৈরকউ ॥৬৪॥ মহাবাজ! অঙাং অসে মহাবাজগী অঙ্গদগী পোকপনি; মরম অদুনা পুরুষ অমদগী পুরুষ অমা পোকলে। পুকশ্রীগী লংলবা ঈশিংদা মশাগী মমি মযেক লানা উজবগুম নচাগী মশক পুদুনা লাকলবা আত্মায় উবিহৌ ॥৬৫॥ যজ্ঞিক ব্রাহ্মণশিংনা গার্হপাত্য কৌবা মৈদগী আহবনীয় কৌবা মৈবু পোকহনবগুম বিধাতানা মহাবাজগী হকচাংদগী অঙাং অসিবু শেমখ্রবনি। অদুনা অমতা ওইরম্বা মহাবাজনা হৌজিক্তি মহাবাজ মীশক অনি শুরেদো ॥৬৬॥ মহারাজ! মমাংঙৈদা নোংমা বনদা মৃগযা লেংলকপদা শজি অমনা মহারাজবু কন্ব মুনিগী আশ্রম চিংশিল্লকখিবনি, কন্বমুণিগী আশ্রমদা লাকতুনা কুমারীগী অবস্থাদ লৈরিবী ঐবু মহারাজনা মহারাজগী লোয়নবী ওইনা লৌশিনবিখিবনি ॥৬৭॥

উর্ব্বশী, পূর্ব্বচিত্তি, সহ জন্যা, মেনকা, বিশ্বাচী অমদি ঘৃতাচী হায়রিবী তরুক অসিনা অপ্সরাশিংগী মনুংদা অথোইবনি ॥ ৬৮ ॥ মথোয়শিং অসিগী মনুংদা থরাইদগী অথোইবী, ব্রহ্মাগী মচানুপী মেনকানা স্বর্গদগী ভূমণ্ডলদা কুমথরক্তুনা বিশ্বামিত্রগী ওরসদগী ঐবু পোকহনখিবনি ॥৬৯॥ মুংশিহৈত্রবী মেনকানা হিমালয়গী লৈতেম মান্নবা ত্তম্পাককী লমদম অমদা ঐবু পোক্লগা, অতোপ্পা অমগী মচাগুম ঐবু হন্দোকলমদুনা চৎখিবনি ॥৭০॥ ঐনা নহানমক্কী মপোক্তা করি করি পাপ কর্ম্ম তৌরম্মুনা পোক্লবনো হায়বদু ঐ করিমতা হায়বা ঙমদে। মদুগী মহৈনা ইপা-ইমানা ঐবু পোকপদগী হৌনা হন্দোকপিয়ম্রবনি, অদুগা অমুকহু ঙসি মহারাজনা ঐবু ভাগ্লোকপিরি ॥৭১॥

কামং ত্বয়া পরিত্যক্তা গমিষ্যামি স্বমাশ্রমম্। ইমন্তু বালং সন্ত্যক্তুং নার্হস্যাত্মজমাত্মনা ॥৭২॥

দুষ্মন্ত উবাচ।

ন পুত্রমভিজানামি ত্বয়ি জাতং শকুন্তলে! অসত্যবচনা নার্য্যঃ কস্তে শ্রদ্ধাস্যতে বচঃ ॥৭৩॥
মেনকা নিরনুক্রোশা বন্ধকী জননী তব। যয়াসি হিমবৎপৃষ্ঠে নির্ম্মাল্যমিব চোজ্ঝিতা ॥৭৪॥
স চাপি নিরনুক্রোশঃ ক্ষত্রযোনিঃ পিতা তব। বিশ্বামিত্রো ব্রাহ্মণত্বে লুব্ধঃ কামবশং গতঃ ॥৭৫॥
মেনকাপ্সরসাং শ্রেষ্ঠা মহর্ষীণাং পিতা চ তে। তয়োরপত্যং কস্মাত্বং পুংশ্চলীব প্রভাষসে ॥৭৬॥
অশ্রদ্ধেয়মিদং বাক্যং কথয়ন্তী ন লজ্জসে। বিশেষতো মৎসকাশে দুষ্টতাপসি! গম্যতাম্ ॥৭৭॥
ক মহর্ষিঃ স চৈবোগ্রঃ সাপ্সরাঃ ক চ মেনকা। ক চ ত্বমেবং কৃপণা তাপসীবেশধারিণী ॥৭৮॥
অতিকায়শ্চ তে পুত্রো বালোঽতিবলবানয়ম্। কথমল্পেন কালেন শালস্তম্ভ ইবোদ্গতঃ ॥৭৯॥
সুনিকৃষ্টা চ তে যোনিঃ পুংশ্চলীব প্রভাষসে। যদৃচ্ছয়া কামরাগাজ্জাতা মেনকয়া হ্যসি ॥৮০॥

---

থংনা থংনা ঐবু তাম্থোকপিরবদি ঐস্থ ঐগী হান্নগী আশ্রমদা হন্জখ্রগনি। অদুগা অভাং অসিমদি মহারাজগী নচানিনা খক হন্দোকপিবা যারোই ॥৭২॥ দুষ্মন্তনা হায়খি— শকুন্তলা! নংগী গর্ভদা ঐগী ইচানিপা অমা পোকখি হায়বসি ঐদি খাওরে। নুপী হায়বা জাৎ 'অসিদি ওইদবদা ভাংতনা লৈবিবনি; মরম অদুনা নংনা ভাংলিবা ৱা অসিদা কনানা থাজগনি ॥৭৩॥ নংগী নমা মেনকা হায়বি অদুস্থ বেশ্যানি অমদি নুংশিহৈতবনি, অদুমক্তনা নংবু লৈপবেং থদক্তনা হন্দোক লমগুম নংবু হিমালয চীংখোংদা হন্দোক্লমলিবা অদুনি ॥৭৪॥ অদুগা ক্ষত্রিয বংশদা পোক্লগা, ব্রাহ্মণ ওইনিংবা, বেশ্যাবু উবগা কামদা ভাউবা নপা বিশ্বামিত্র অদুমকস্থ নুংশি হৈতব্রনি ॥৭৫॥ মেনকা হায়বীদস্থ বেশ্যাগী মনুংদা থৱাইদগী হেন্না অফাওবীনি, অদুগা নিপা বিশ্বামিত্র অদুস্থ মহর্ষি পুন্নমক্তগী অথোইবনি; অদুগুম্বা নপা-নমা অদুগী মচানা লমজা পুবী নহাক্না কবম ত্রোনা ওইক্রিবা। নংস্থ নমা লৌদুনা বেশ্যাগুম ৱা ভাংলি ॥৭৬॥ মীনা থাজরোইদবা ৱা ভাংবদস্থ ইকায়বা লৈতে, অদুগা ঐগুম্বা অমগী ইমাংদস্থ অদুগুম্বা ৱা ভাংবা শারি! ফত্তবী লাইনিংবা শাবী! মফম অসিদগী থুনা চৎখ্রো ॥ ৭৭ ॥ মতিক মগুণ চাওববা বিশ্বামিত্রনা কদায়দা অদুগা অপ্সরা পুন্নমক্তগী থোইদোক্লবী মেনকানা কদায়দা অদুগা তমুকস্থ তোল্লবী, চানীংভাই লৈত্রবী, তপস্বীগী ফিজেৎ শেংলিবী নংগুম্বী অমনা কদায়দা? য়াম্না লাপ্পখরে ॥৭৮॥ নংগী নচা অসিনা চহি খজিক্তা অসিগী মনুংদা অম্বক য়াম্না কল্লিবা, মশামউ ক্ষরিবা, কোনা পাম্বীগী মতৌগুমনা চুমদ্রিং চুমনা ৱাং চাউরিবা অসিবু করিম্বানো? ॥৭৯॥ নংগী নমা মেনকা হায়বী অদুদি নুপীনা চংপা হোনদ্রবা লমচৎ চৎলিবী পী বেশ্যা অদুনা নংগী নমানি, অদুমক্তনা নংস্থ নমাগুম ভাংলি; অদুগা মনিংমখা তৌনা কোয়চ চৎলিব মেনকা হায়বীদুনা নিপাগা উননিংবগী মৈচাক্না মমিৎ তাংশিন্দনা নংবু পোকথোক্লমলগা চৎখিবনি, অদুনা নংস্থ ততোনবা মপোক্তা পোক্লবিবা অসিনি ॥৮০॥ অদুনা

সর্ব্বমেতৎ পরোক্ষং মে যত্ত্বং বদসি তাপসি! নাহং ত্বামভিজানামি যথেষ্টং গম্যতাং ত্বয়া ॥৮১॥

শকুন্তলোবাচ।

রাজন্! সর্ষপমাত্রাণি পরচ্ছিদ্রাণি পশ্যসি। আত্মনো বিল্বমাত্রাণি পশ্যন্নপি ন পশ্যসি ॥৮২॥

মেনকা ত্রিদাশেষ্বব ত্রিদশাশ্চানু মেনকাম্ মমৈবোৎকৃষ্যতে জন্ম দুষ্মন্ত! তব জন্মতঃ ॥৮৩॥

ক্ষিতাবটসি রাজেন্দ্র! অন্তরীক্ষে চরাম্যহম্। আবয়োরন্তরং পশ্য মেরুসর্ষপয়োরিব ॥৮৪॥

মহেন্দ্রস্য কুবেরস্য যমস্য বরুণস্য চ। ভবনান্যনুসংযামি প্রভাবং পশ্য মে নৃপ! ॥৮৫॥

সত্যশ্চাপি প্রবাদোঽয়ং যং প্রবক্ষ্যামি তেঽনঘ। নিদর্শনার্থং ন দ্বেষাচ্ছ্রুত্বা তং ক্ষন্তুমর্হসি ॥৮৬॥

বিরূপো যাবদাদর্শে নাত্মনঃ পশ্যতে মুখম্। মন্যতে তাবদাত্মানমন্যেভ্যো রূপবত্তমম ॥৮৭॥

যদা স্বমুখমাদর্শে বিকৃতং সোঽভিবীক্ষতে। তদান্তরং বিজানীত আত্মানঞ্চেতরং জনম ॥৮৮॥

অতীবরূপসম্পন্নো ন কিঞ্চিদবমন্যতে। অতীব জল্পন্ দুর্বাচো ভবতীহ বিহেঠকঃ ॥৮৯॥

---

তাপস্বী। নংনা হায়রিবা পুমনমক অসে ঐনস্নু করিমতা নিংশিংদ্রবনিনা থাজনিংঙাই অমতা ওইদ্রে; অদোমদি লম্বইরভুনা মমাংঙৈদা অমুক্তা উনখ্রবরা হাযবা অদু ফাওবা নৈত্তনা নশকপু খংদ্রিবা অসিনি, অদুনা নংনা চৎনিংবা মফমদা চৎখ্রো ॥ ৮১॥

শকুন্তলানা হাযখি— নিংথৌ! অতোপ্পগী হন্নাম মকমুক্তা চাউবা দোসবুদি থিবীবি; অদুগা মশাগী হন্নিখাগোক মহৈমুক চাউবা দোষবুদি উন উনা উশিন্নদ্রি ॥৮২॥ অদুগা মেনকা হাযবী ইমাদো কেথা ওইরবসু দেবতাশীংদা চল্লিবীনি, কবি অমুক হাযকনি স্বর্গদা লৈরিবা দেবতা পুমনমক অদো মেনকাদগী তোন্না অমদি মাগী মখাপোন্না লৈরিবনি। অদুনা দুষ্মন্ত! ঐদি লাইগী মচানুপীনি, অদুগা নংদি মর্ত্তলোককী তাইবংমীগী মচানি, নিংথৌ নংগী নপোকমা ঐঙোন্দগী যামনা হন্থরবনি, পোক্লক-যনবু থিকরবদি ঐনা মহারাজদগী য়ামনা হেল্লি ॥৮৩॥ মহারাজ! মহারাজদি মর্ত্যলোক অসিদা হন্জৎ হন্দা চৎপদগী হেন্না অতে অমদা য়োবা ঙম্বা নত্তেদো অতগা ঐদি ভূমণ্ডল অমদি আকাশ অনিমকতা ইরৌ য়োবা ঙমলিবনি; অদুনা মহারাজগা খেন্নবদি হন্নাম মকগা সুমেরু চীংজাওগা খেন্নবা অদুগুম্বনি য়ামনা হেকমক খনবিরো ॥৮৪॥ অতগা মহারাজ! ঐদি নিংঙকপা মতুং ইন্না ইন্দ্র, যম, কুবের, অমদি বরুণ লোক ফাওবগী লম য়োবা ঙম্মদো। মরম অদুনা ঐগী শক্তি অসি য়েংবিয়ু ॥৮৫॥ মহারাজ! ঐনা হায়গদৌরিবা ঋা অসি অচুম্বমকনি। খংহনজনিংঙ্গনা হায়জগদৌরিবনি; কন্নজ্ঞা অমদি য়েংথিদুনা হায়জগদৌবা নত্তে। মাসি তাবগা তানিংদবা সুংঙাইত্তবা য়াংেরবসু ঙাকপিয়ু ॥৮৬॥ মশাকথিবা মীনা মীনা হায়বা ফাওবদা থাজদহনা সুংশেলদা মশাকপু মশামক্তা উরবা ফাওবদা মশানু মফজবোই অদুম্মক খল্লি ॥৮৭॥ অদুগা সুংশেল অদুদা মশাকপু উরবা তুংদা অতোপ্পগী মমরা মশাকা কয়া য়ামনা খেন্নবগে হায়বসু অতুম্মউই মথংঙি ॥৮৮॥ য়ামনা কা জেনা মজখ্রবা মীনা অতোপ্পা অমবু থক থওইদবা নোক্নবা তৌদে; অদুগা ঋা য়াম্না ঙাংবা মীনা, সুংঙাইরোইদবা

মূর্খো হি জল্পতাং পুংসাং শ্রুত্বা বাচঃ শুভাশুভাঃ । অশুভং বাক্যমাদত্তে পুরীষমিব শূকরঃ ॥৯০॥
প্রাজ্ঞস্তু জল্পতাং পুংসাং শ্রুত্বা বাচঃ শুভাশুভাঃ । গুণবদ্বাক্যমাদত্তে হংসঃ ক্ষীরমিবাম্ভসঃ ॥৯১॥
অন্যান্ পরিবদন্ সাধুর্যথা হি পরিতপ্যতে । তথা পরিবদন্নন্যান্ হৃষ্টো ভবতি দুর্জনঃ ॥৯২॥
অভিবাদ্য যথা বৃদ্ধান্ সন্তো গচ্ছন্তি নির্বৃতিম্ । এবং সজ্জনমাক্রুশ্য মূর্খো ভবতি নির্বৃতঃ ॥৯৩॥
সুখং জীবন্ত্যদোষজ্ঞা মূর্খা দোষানুদর্শিনঃ । যত্র বাচ্যাঃ পরৈঃ সন্তঃ পরানাহুস্তথাবিধান্ ॥৯৪॥
অতো হাস্যতরং লোকে কিঞ্চিদন্যন্ন বিদ্যতে । যত্র দুর্জনমিত্যাহ দুর্জনঃ সজ্জনং স্বয়ম্ ॥৯৫॥
সত্যধর্মচ্যুতাৎ পুংসঃ ক্রুদ্ধাদাশীবিষাদিব । অনাস্তিকোঽপ্যুদ্বিজতে জনঃ কিং পুনরাস্তিকঃ ॥৯৬॥
স্বয়মুৎপাদ্য বৈ পুত্রং সদৃশং যোঽবমন্যতে । তস্য দেবাঃ শ্রিয়ং ঘ্নন্তি ন চ লোকানুপাশ্নুতে ॥
কুলবংশপ্রতিষ্ঠাং হি পিতরঃ পুত্রমব্রুবন্ । উত্তমং সর্ব্বধর্ম্মাণাং তস্মাৎ পুত্রং ন সন্ত্যজেৎ ॥৯৮॥

---

অযাকপা ব্রা ঙাংবা মীনা, অতোপপগী নিন্দা তৌফমদা থিহ্না মীগী থমোইদা থুক্তিন্না শিকই ॥ ৮৯ ॥

কনাগুম্বা অমনা অফবা ফত্তবা অনি ঙাংলবদি মপুকচেল যাত্তবা অমদি অপংবা মীনা ফাত্তবগী শরুক অত্ততমক তাই ; ওক্বী মমাংদা লৈগা অমাংবগা চাইশিল্লুববদি লৈবু হুন্দোক্লগা অমাংবা অহুদা লৌহ্না চাই ॥৯০॥ অদুগা অশিংবা মপুবচেল যবা মীদি অফ-ফত্ত অনি অহ্নগী মহুংদা লৌবা যাবা অফবগী শরুক অদুতা থন্দুনা লৌই ; ঈশিংগা শঙ্গোমগা য়াম্নবদগী ঈশিংগী শরুক হুন্দোক্লগা শঙ্গোম শরুক্তা কাংঙনা থকপা অহ্নগুম্বনি ॥৯১॥ অফবা মীনা অতোপ্পগী নিন্দা তৌকরগা যামনা নুংঙাইবক্তে অমদি মপূক্লিংদা অৱাবা পোক্লকই ; ফত্তবা মীদি অতোপপা অমবু য়াম্না তাথিনা নিন্দা তৌকববদদা নুংঙাইজে ॥৯২॥ পণ্ডিতশিংনা চহিদা, মহৈদা, অমদি জাতিদা হনখ্রবা মীবু নোনলুক্লা থুরুমজরুরগা মপুক্লিংদা পেঞ্জবা নুংঙাইবা ফংজবা অদুগুমনা মূর্খশিংনা অফবা মীবু চৈকরগা নুংঙাইবা ফংজে ॥৯৩॥ অশিংবা মীশিংনা অতোপপগী দোষ উকরবা কাওবদা মাঙ্গগী মরমদা থোইদোক্লা ঙাংনবদনা মাদুবু উরুদবা খংঙদবা অপংবগী মতৌগুম নুংঙাইনা মপুন্সি লেল্লি, অহুগা মূর্খশিংনা অতোপপগী দোষতা থিদুনা কোয়চৎ চত্তুনা য়ামনা হ্বানা মপুনশি লেল্লি অহুগা অমুকস্থ অফবশিংনা ফত্তবশিংবু নিন্দা তৌবা মফম অদুদস্থ ফত্তবাশিংনা অফবাশিংবু নিন্দা তৌই ॥৯৪॥ মী হায়বা অসিনা মশাদি ফত্তবা মী ওইরগা অফবা মীবু ফত্তবা মীনি হায়না লৌই, মাসিদগী হেন্না নোকনিংবা অমা জগত্তা অমা লৈত্রে ॥৯৫॥ নাস্তিক ওইবা মীস্থ অশাঙবা লিলগী মতৌগুম্না অচুম্বা চত্তুবা মীবু শাওই অমদি কিহল্লি অদুনদি আস্তিক ওইবা মীগীদি অমুক করি হায়রুগনি ॥৯৬॥

মতিক চাবা মচাবু পোক্লগা থৌত্তইবিত্রবা মপা অদুবু দেবতাশিংনা মাংনবা তৌই, অদুগা অদুগুম্বা মীঅদুনা স্বর্গ কাবা থক ঙমদে ॥ ৯৭ ॥ পিতৃলোকশিংনা হায়রে মচা হায়বা অসিতনা অহল ওইরক্লবদা মপা য়োক্লবা, মতম কুইনা বংশবু ঙাক্লনবা অমদি ধর্ম্ম পুন্নমক ঙাক্লনবগী উপায়নি ; মরম অদুনা মপানা

স্বপত্নীপ্রভবান্ পঞ্চ লব্ধান্ ক্রীতান্ বিবর্দ্ধিতান্। কৃতানন্যাসু চোৎপন্নান্ পুত্রান্ বৈ মনুরব্রবীৎ ॥৯৯॥

ধর্ম্মকীর্ত্ত্যাবহা নৄণাং মনসঃ প্রীতিবর্দ্ধনাঃ। ত্রায়ন্তে নরকাজ্জাতাঃ পুত্রা ধর্ম্মপ্লবাঃ পিতৄন্ ॥১০০॥

স ত্বং নৃপতিশার্দ্দূল! ন পুত্রং ত্যক্তুমর্হসি। আত্মানং সত্যধর্ম্মৌ চ পালয়ন্ পৃথিবীপতে।
নরেন্দ্রসিংহ! কপটং নং বোঢ়ুং ত্বমিহার্হসি ॥১০১॥

বরং কূপশতাদ্বাপী বরং বাপীশতাৎ ক্রতুঃ। বরং ক্রতুশতাৎ পুত্রঃ সত্যং পুত্রশতাদ্বরম্ ॥১০২॥

অশ্বমেধসহস্রঞ্চ সত্যঞ্চ তুলয়া ধৃতম্। অশ্বমেধসহস্রাদ্ধি সত্যমেব বিশিষ্যতে ॥১০৩॥

সর্ব্ববেদাধিগমনং সর্বতীর্থাবগাহনম্। সত্যঞ্চ বচনং রাজন্! সমং বা স্যান্নবা সমম্ ॥১০৪॥

নাস্তি সত্যসমো ধর্ম্মো ন সত্যাদ্বিদ্যতে পরম্। নহি তীব্রতরং কিঞ্চিদনৃতাদিহ বিদ্যতে ॥১০৫॥

রাজন্! সত্যং পরং ব্রহ্ম সত্যঞ্চ সময়ঃ পরঃ। মা ত্যাক্ষীঃ সময়ং রাজন্! সত্যং সঙ্গতমস্তু তে ॥১০৬॥

অনৃতে চেৎ প্রসঙ্গস্তে শ্রদ্দধাসি ন চেৎ স্বয়ম্। আত্মনা হন্ত গচ্ছামি ত্বাদৃশে নাস্তি সঙ্গতম্ ॥১০৭॥

---

মচাবু থক থাদোকলোইদবনি ॥৯৮॥ [মনুনা মচা নিপা হায়বা অসি মখল মঙানি হায়বমই :—মাগী মুপীমকবী গর্ভদা পোবপা নত্রগা অতোপ্পগী মুপী অমদা পোকউবা মচা অমা লাইগী নোংদমদগী ফংঙবা মচা অমা, যোকচবা মচা অমা, অতগা অমতা পোকপী মচা মুপীবু মচানিপাগুম যোকচবা অমা, মখোয মঙা অসিনি ॥৯৯॥ মচা হায়বসি ধর্ম্ম অমদি মিংচৎকী পোক্পফমনি, পুকনিংদা নুঙাইবা পোকনফমনি আদি ধর্ম্মগী পেং ওইহনা নবকতগী মপা-মপুবু কন্নবগী মশকনি] ॥১০০॥ মহারাজ! মহারাজনা অম্মাবু অমদি সত্যবু অতুগা ধর্ম্মবু ঙাকননবা নিংথৌ ওইদুনা নিংথৌগী থবক্তা পুকনিং চংদুনা লৈবিবিবনি; মবম অতুনা পুত্রগী মশক লৌহনা লাকলিবা ধর্ম্ম অসিবু থাদোকপিরোইদবনি ॥১০১॥ কুহা গচা তৌববুদি পুকগী অমতং তৌবনা মহৈ চাউবা হেননবনি, পুখ্রী চামা তৌববুদি যজ্ঞ অমতং তৌবনা হেনবনি, যজ্ঞ চামা তৌববুদি মচানিপা অমা পোকপনা হেনবনি, অদুগা মচানিপা চামা পোকপাবুদি অচুম্বা ঙাকপনা হেনবনি ॥১০২॥ খুলগী নাকল অমদা অশ্বমেধ যজ্ঞ লিশিং অমাগী মহৈ অমদি নাকল অমদা অচুম্বা ঙাংবা অতগী মতুংইন্না থবক তৌবগী মহৈ থমদুনা ওন্দুনা যেংবদা অচুম্বা অতুনা লুম্বা হেল্লি হায়বসি অওলবা মীনা মুন্না উখ্রবনি অমদি খংনগুবনি ॥১০৩॥ বেদ পুম্নমক তম্বা, তীর্থ পুমনামক্তা চত্তুনা স্নান তৌবা অমদি অচুম্বদা ঙাংহনা লৈবা অহুম অসি অমগা অমগা চাংদমনদুনা যেংবদা অমগা অমগা ইমান মান্নবা উরবসু মুন্না খঙ্গিদ্রবদি অচুম্বা ঙাংবনা হেনবনা মখোয অমগা মান্নদবা য়াই ॥১০৪॥ অচুম্বা ঙাংবগা মান্নবা অতোপপা ধর্ম্ম অমা লৈত্রে অদুগা অচুম্বা ঙাংবদগী হেনবা অকবা পোৎ অমতসু সংসারদা লৈতে; অদুগা অমুকসু মীনম্বদগী হেনবা অকিবগী মশক ওইবা কগব্বা লৈতে ॥১০৫॥ মহারাজ! সত্যদনা ব্রহ্ম ন অদুগা সত্য অন্নমক্তনা খন্নাইদগী হেনবা অকবা লমচৎ অমনি; মরম অতুনা সদাচারবু থক থাদোকপিরোইদবনি; মহারাজগী থমোইদা মতম লৈবথিবিক্তা সত্যতনা কুংহনা লৈসনু ॥১০৬॥ অমরোমদা অমুক হায়করগা মহারাজনা করিগুম্বা মিথ্যা অসিদা হৈনখিদুনা এম্না হায়রিবা বা অসিদা থাজখিদ্রবা

ঋতেঽপি ত্বাঞ্চ দুষ্মন্ত ! শৈলরাজাবতংসিকাম্ । চতুরন্তামিমামুর্ব্বীং পুত্রো মে পালয়িষ্যতি ॥১০৮॥

বৈশম্পায়ন উবাচ ।

এতাবদুক্ত্বা রাজানং প্রাতিষ্ঠত শকুন্তলা । অথান্তরীক্ষে দুষ্মন্তং বাগুবাচাশরীরিণী ॥১০৯॥

ঋত্বিক্‌পুরোহিতাচার্য্যৈর্ম্মন্ত্রিভিশ্চ বৃতং তদা । ভস্ত্রা মাতা পিতুঃ পুত্রো যেন জাতঃ স এব সঃ ॥১১০॥

ভরস্ব পুত্রং দুষ্মন্ত ! মাবমংস্থাঃ শকুন্তলাম্ । রেতোধাঃ পুত্র উন্নয়তি নরদেব ! যমক্ষয়াৎ ॥১১১॥

ত্বঞ্চাস্য ধাতা গর্ভস্য সত্যমাহ শকুন্তলা । জায়া জনয়তে পুত্রমাত্মনোঽঙ্গং দ্বিধা কৃতম্ ॥১১২॥

তস্মাদ্ভরস্ব দুষ্মন্ত ! পুত্রং শাকুন্তলং নৃপ ! অভূতিরেষা যত্ত্যক্ত্বা জীবেজ্জীবন্তমাত্মজম্ ॥১১৩॥

শাকুন্তলং মহাত্মানং দৌষ্মন্তিং ভর পৌরব ! ভর্ত্তব্যোঽয়ং ত্বয়া যস্মাদস্মাকং বচনাদপি ।

তস্মাদ্ভবত্বয়ং নাম্না ভরতো নাম তে সুতঃ ॥১১৪॥

তচ্ছ্রুত্বা পৌরবো রাজা ব্যাহৃতং ত্রিদিবৌকসাম্ । পুরোহিতমমাত্যাংশ্চ সম্প্রহৃষ্টোঽব্রবীদিদম্ ॥১১৫॥

শৃণ্বন্ত্বেতদ্ভবন্তোঽস্য দেবদূতস্য ভাষিতম্ । অহঞ্চাপ্যেবমেবৈনং জানামি স্বয়মাত্মজম্ ॥১১৬॥

---

অদু ওইবরদি হন্তোবপনি মহারাজ ! মঙ্গারাজনা তান্দ্রবস্তু ইতোমদা চেচগনি, মঙ্গারাজগুম্বা মীগী ঐগুম্বী অমগা তাইহাক্তং তিন্নদুনা বা তাংমিয়বসিমক ওইথোক্তবনি অমদি পামজদে ॥১০৭॥

দুষ্মন্ত ! নং যাউদনা, নংগী নত্তেং লৌদনা ইচা নিপা তসিনা হিমালয়না লৈতেংবা, সমুদ্র মরিনা কোয়সিনবা পৃথিবী তসিস্থু শাসন তৌরখিগদৌবনি ॥১০৮॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি— শকুন্তলানা নিংথৌদা বা পুমনমুক অসি হায়রমগা তুমিন্না চৎখি। অদুগী মতুংদা রাজ পুরোহিত, আচর্য্য অমদি মন্ত্রীশিংনা ইকোয় কোয়শিল্লবা নিংথৌগী মমদা আকাশবাণী তৌখি— "মমা হায়বা অসিদি মৈহুম উত্তোংগুম্বনি, মপাগী হায়রবু মচানি, মচা হায়রবু মপানি ; মরম অদুনা মপানা মচা শাদুনা অমুক পোবদনি ॥১০৯—১১০॥ দুষ্মন্ত ! অশেংবা নংগী নচাসে বোনশিন্দুনা য়োকউ, শাকুন্তলাবু উশিং থওইদবা তৌগনু। মরমদি নিংথৌ ! মচা মশু পোকনা খিদোরিবা মচানা মপাবু স্বর্গ কাহল্লি যমালয়দগী থাঙ্গৎলি ॥১১১॥ শকুন্তলানা হায়রম্বা অদো অশেংবমক্তনি, নংতনা অঙাং অসিগী মপা অশেংবনি। বিধাতানা মপাগী হকচাংবু অনিথোবনা খায়দোবলগা মচাগী হকচাং শেম্মি ; শেম্মিবা মচা হায়রবু মমা হায়রা অসিনা পুথোরকপদনি ॥১১২॥

মরম অদুনা দুষ্মন্ত ! শকুন্তলাগী গর্ভদগী পোকপা নচানিপাসে ননাক্তা থমদুনা য়োকউ। মরমদি হিংহুনা লৈরিবা মচাবু নাকন্দা হুন্দোক্লে হায়রগা, হিংহুনা লৈরিবা মপাদো মহাক অদুনা মাগী মফমদা অমঙ্গল ওই ॥ ১১৩ ॥ হে পুরু শাগৈগী নিংথৌ ! নংগী ঔরসদগী শকুন্তলাগী গর্ভদা পোকপা অঙাংনি মাসি। মরম অদুনা মচা মহাত্মা অসিবু য়োকচহৌ ঐখোয়না হায়রা অসিনসু নংনা মাবু য়োক থাজদৌবনি, নচাসি "ভরত" হায়না কাউকৌরসনু" ॥১১৪॥ নিংথৌ দুষ্মন্তনা দেবতাশিংগী বা অসি তাবদা থোইদোক্না নুংঙাইখিন্না পুরোহিত অমদি মন্ত্রীশিংদা হায়খি— ময়াম পুম্নমক দেবদূতকী বা অসি তাবিয়ু; ঐ ইশামকসু অঙাং অসিগী মওং মতৌউবদা অশেংবা ইচামকনি

যচ্চাহং বচনাদস্যা গৃহ্ণীয়ামিমমাত্মজম্। ভবেদ্ধি শঙ্কা লোকস্য নৈব শুদ্ধো ভবেদয়ম্ ॥১১৭॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

তং বিশোধ্য তদা রাজা দেবদূতেন ভারত! হৃষ্টঃ প্রমুদিতশ্চাপি প্রতিজগ্রাহ তং সুতম্ ॥১১৮॥

ততস্তস্য তদা রাজা পিতৃকার্য্যাণি সর্ব্বশঃ। কারয়ামাস মুদিতঃ প্রীতিমানাত্মজস্য হি ॥১১৯॥

মূর্দ্ধ্নি চৈনমুপাঘ্রায় সস্নেহং পরিষস্বজে সভাজ্যমানো বিপ্রৈশ্চ স্তূয়মানশ্চ বন্দিভিঃ ॥১২০॥

স মুদং পরমাং লেভে পুত্রসংস্পর্শজাং নৃপঃ। তাঞ্চৈব ভার্য্যাং দুষ্মন্তঃ পূজয়ামাস ধর্ম্মতঃ ॥১২১॥

অব্রবীচ্চৈব তাং রাজা সান্ত্বপূর্ব্বমিদং বচঃ। কৃতো লোকপরোক্ষোঽয়ং সম্বন্ধো বৈ ত্বয়া সহ ॥১২২॥

তস্মাদেতন্ময়া দেবি! ত্বচ্ছুদ্ধ্যর্থং বিচারিতম্। মন্যতে চৈব লোকস্তে স্ত্রীভাবান্ময়ি সঙ্গতম্ ॥১২৩॥

পুত্রশ্চায়ং বৃতো রাজ্যে ময়া তস্মাদ্বিচারিতম্। যচ্চ কোপিতয়াত্যর্থং ত্বয়োক্তোঽস্ম্যপ্রিয়ং প্রিয়ে।

প্রণয়িন্যা বিশালাক্ষি! তৎ ক্ষান্তং তে ময়া শুভে! ॥১২৪॥

তামেবমুক্ত্বা রাজর্ষির্দুষ্মন্তো মহিষীং প্রিয়াম্। বাসোভিরন্নপানৈশ্চ পূজয়ামাস ভারত ॥১২৫॥

দুষ্মন্তস্তু ততো রাজা পুত্রং শাকুন্তলং তদা। ভরতং নামতঃ কৃত্বা যৌবরাজ্যেঽভ্যষেচয়ৎ ॥১২৬॥

---

হায়বা খংভি ॥১১৫—১১৬॥ ঐনা শকুন্তলাতগী ৱা তাহনা ইচানি হাযনা লৌশিল্লবদি প্রজা পূম্নমক্কী থমোইদা চিংনবা পোকখিগনি, ঐগী ইচা অশেংবা ওইদবা যাই হাযনা খল্লম্বস্ত যাই ॥ ১১৭॥ বৈশম্পাযননা হাযখি— মহারাজ! মতৌ অশুম্না আকাশ বানী তাবদগী অঙাং অদুবু মচামক্তি হায়বগী প্রমাণ ফংলদুনা মথৱাই মুংঙাইনা মোমোন নোক্ত্না কোন্দুনা লৌশিনখি ।.১১৮॥ অদুগী মতুংদা নিংথৌনা যাম্না মুংঙাইনা মচা অদুবু যাম্না মুংশিনা য়োকখি, মতমগী মতুং ইন্না উরিক নোংগুণ থাংবনচিংবা মচাদা তৌগদৌবা মপাগী মথৌ সংস্ক্রাব পুম্নমক মথং মথং তৌখি ॥১১৯॥ ব্রাহ্মণ পুম্নমকনা নিংথৌবু থাগৎখি, নিংথৌ কবিশিংনা নিংথিবা ইশৈনা স্তুতি গান তৌখি; অদুগী মতুংদা নিংথৌনা মুংশিনা মচাগী মকোক্তা নন্দুনা চেৎনা অলিঙ্গ তৌখি ।'১২০॥

নিংথৌনা মপা-মচা কোম্নবগী স্বর্গগী মুংঙাইবদো খুদক্তা ফংখি, অদুগা ধর্ম্মগী মতুংইন্না শকুন্তলাবু ভার্য্যা মক্তি হায়না তরাম কৌশিন্দুনা লৌশিনবিখি ॥ ১২১॥ নিংথৌনা য়াম্না মুংশি মুংঙোম্না শকুন্তলাগী খুংদাং পাইদুনা হায়খি— দেবি! ঐনা ময়াম থংদনা নহাকপূ মীওইবগী খৱাইদগী অহেনবা সম্বন্ধদা পামখিবনিদো ॥ ১২২॥ মরম অসিমক্তনা মুন্না ৱাখল খন্দুনা নংগী দোষ করিমতা লৈতে হাযবসি ময়ামদা খংহনগে হাযদুনা নংগী নক্কমদা অকনবা ব্যবহারসি তৌখ্রবনি! নত্রবদবু মী পূম্নমক্না মুপী হায়বাসিগী মতহৌশানা পুক্নিং তয়াং ওশোয়নবনা মপূকচেল ফাবা ঙমদহনা ঐগা লোম্না উনখিবনি, অসুম হায়না থম্নমগদবনি ॥ ১২৩॥ হৌজিক্তি, য়াম্না মুন্না ৱাখল তৌদুনা ঐগী পুক্নিংদা লেপলে; ইচানিপা অসিবু অভিষেক তৌবা তারে, চানথোইরবী! মিৎতা ফজবী! মঙ্গলগী মশক ওইবী! নংনা শাউদুনা ঐঙোন্দা অরাকপা ৱা [illegible] পুম্নমক অদো ঐনা লোয়না ঙাকপিরবনি ॥ ১২৪ ॥ রাজর্ষি দুষ্মন্তনা চানথোইরবী মহারানী শকুন্তলাবু অসুম হায়না মতিক চাপ্পা ফিজোল লৈজেং, মতিকচাবা চানবা থকনবা পোৎ পুম্নমকপিদুনা [illegible] কোন্দুনা [illegible] ॥ ১২৫ ॥ অদুগী মতুংদা দুষ্মন্ত অমাদি শকুন্তলা অনিগী

ততো বর্ষশতং পূর্ণং রাজ্যং কৃত্বা নরাধিপঃ। গত্বা বনানি দুষ্মন্তঃ স্বর্গলোকমুপেয়িবান্ ॥১২৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
সম্ভবে শাকুন্তলং সমাপ্তং নামষ্টাশীতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

—(০)—

মচা অসিবু « ভরত » হায়বা মিংথোল অসি পাতুনা যুবরাজ ওইনা অভিষেক তৌখ্রে ॥ ১২৬ ॥ অদুগী মতুংদা নিংথৌ দুষ্মন্তনা চহি চামা চুপ্পা পাল্লবা তুংদা মচাদা লৈবাক শিন্নরম্লগা, বন্দা মতম কুইনা লৈরম্লগা নোংগাখি ॥ ১২৭ ॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতা আদিপর্ব্বদা
সম্ভবতা শকুন্তলাগী মতাং মরিফুনিপাল শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

——:*:——

# শ্রীমহাভারতম্।

## আদি পর্ব্ব— সম্ভবে পূরুবংশানুকীর্ত্তনং

( মরিফু মাপলগুবা অধ্যায়ঃ )

— ——:(*):——

বৈশম্পায়ন উবাচ।

দুষ্মন্তাদ্ভরতো রাজ্যং যথান্যায়মবাপ সঃ। তস্য তৎ প্রথিতং চক্রং প্রাবর্ত্তত মহাত্মনঃ ॥১॥
ভাস্বরং দিব্যমজিতং লোকসংনাদনং মহৎ। স বিজিত্য মহীপালাংশ্চকার বশবর্ত্তিনঃ ॥২॥
চচার চ সতাং ধর্ম্মং প্রাপ চানুত্তমং যশঃ। স রাজা চক্রবর্ত্ত্যাসীৎ সার্বভৌমঃ প্রতাপবান্ ॥৩॥
ঈজে চ বহুভির্যজ্ঞৈর্যথা শক্রো মরুৎপতিঃ। যাজয়ামাস তং কণ্বো বিধিবদ্ভূরিদক্ষিণম্ ॥৪॥

বৈশম্পায়ননা হায়খি— ভরতনা মপা দুষ্মন্তদগী রাজনীতিগী নিয়ম কায়দনা লৈবাক ফংখি, অদুগী তুংদা দিগবিজয় তৌগে-হায়বগীদমক্তা থোং-শান্থোরকই, দিগবিজয়গী দমক্তা চেল্লকইবা মাগী রথগী চাকাদো ইরুং-ইরুং লংভি, মী থৱাইগীগা মান্নদে, য়েক্লবা অমনা পাক থুদেকপা ওয়া নস্তে, লৈপাক্ল, তরুরকপদা য়ান্না মখোল হোই, য়ান্না বাং চাউই অদুগা জগৎ কাওরবা রথনি। মতুংদা নিংথৌ পুরমকপু মেতুনা পৃথিবীগী অয়াম্বা নিংথৌবু মখা পোলহনখি ॥১—২॥ মতম অদুদা মতিক মঙ্গল চাউরবা নিংথৌ ভরতনা থৌজাল হৈবা-পীনজৈবানচিংবা সাধু মহাত্মাগী গুণ-খিখিক লৈবনা অমগা থৱাইনা যশমগ্রবা ফিংচৎ কংখি। মতুংদা পৃথিবী পুম্বগী নিংথৌ ওইখি ॥৩॥ দেবরাজ ইন্দ্রগী মতৌগুম যজ্ঞ মখল-মখল তৌদুনা মতিক চারবা ব্রাহ্মণশিংদা মপুক্লিং থেক্লা পেনা দান তৌখিং- মহর্ষি কণ্ব মুনি মপাম্বক লাক্লুনা যজ্ঞশিং অদু পাংথোকখি ॥৪॥

ততঃ সদারঃ সামাত্যঃ সপুত্রঃ সসুহৃজ্জনঃ। রাজা সংবরণস্তস্মাৎ পলায়ত মহাভয়াৎ ॥২৭॥
সিন্ধোর্নদস্য মহতো নিকুঞ্জে ন্যবসত্তদা। নদীবিষয়পর্য্যন্তে পর্বতস্য সমীপতঃ ॥২৮॥
তত্রাবসন্ বহূন্ কালান্ ভারতা দুর্গমাশ্রিতাঃ। তেষাং নিবসতাং তত্র সহস্রং পরিবৎসরান্ ॥২৯॥
অথাভ্যগচ্ছদ্ভরতান্ বশিষ্ঠো ভগবানৃষিঃ। তমাগতং প্রযত্নেন প্রত্যুদ্গম্যাভিবাদ্য চ ॥৩০॥
অর্ঘ্যমভ্যাহরংস্তস্মৈ তে সর্বে ভারতাস্তদা। নিবেদ্য সর্বমৃষয়ে সৎকারেণ সুবর্চ্চসে ॥৩১॥
তমাসনে চোপবিষ্টং রাজা বব্রে স্বয়ং তদা। পুরোহিতো ভবান্নোঽস্তু রাজ্যায় প্রযতেমহি ॥৩২॥
ওমিত্যেবং বশিষ্ঠোঽপি ভারতান্ প্রত্যপদ্যত। অথাভ্যষিঞ্চৎ সাম্রাজ্যে সর্বক্ষত্রস্য পৌরবম্ ॥৩৩॥
বিষাণভূতং সর্বস্যাং পৃথিব্যামিতি নঃ শ্রুতম্। ভরতাধ্যুষিতং পূর্বং সোঽধ্যতিষ্ঠৎ পুরোত্তমম্ ॥৩৪॥
পুনর্বলিভৃতশ্চৈব চক্রে সর্বমহীক্ষিতঃ। ততঃ স পৃথিবীং প্রাপ্য পুনরীজে মহাবলঃ ॥৩৫॥
আজমীঢো মহাযজ্ঞৈর্বহুভির্ভূরিদক্ষিণৈঃ। ততঃ সংবরণাৎ সৌরী সুষুবে তপতী কুরুম্ ॥৩৬॥
রাজত্বে তং প্রজাঃ সর্বা ধর্মজ্ঞ ইতি বব্রিরে। তস্য নামাভিবিখ্যাতং পৃথিব্যাং কুরুজাঙ্গলম্ ॥৩৭॥

---

অহগী মতুংদা নিংথৌ সংবরণ হায়রবসি ক্রিমনখ্রূনা মতু মচা, মরূপ মপাং অমদি মন্ত্রীশিংগা লোয়ননা মরৈবাক থাদোকতুনা চেনখি ॥২৭॥ পাক চাউরবা সিন্ধুতুরেনগী মপান্দা, চীংথোং অমদা লৈরা সমুদ্রফাওবা শন্দোকখ্রবা জঙ্গল অমগী মনুংদা, বাস তৌখি ॥২৮॥ ভরতবংশগী শাগে নাতৈনা কিল্লা অদুদা আশ্রয় লৌখনা মতম কুইনা, লৈখি, অমুক করি হায়রুনি মফম অদুদা লৈন লৈন মীয়োন কয়না চহি লিশিং কয়া লেনখি। অদুগী মতুংদা লোংমা বশিষ্ঠ মুনিনা মফম অদুদা লাকখি; মতম অদুদা ভরত বংশগী মীশিং অসিনা তরাম—তরামনা, কিনা ফুক ফুক হৌগৎতুনা মথুং লোয়ননা খুরুমখি, অমদি মুনিগীদমক্ আসন, অচা অথক পুমনমক লান শিনখি। মতম অদুদা নিংথৌ সংবরণনা মহা লুক্তুনা মখোয়গী শাগে পুমনমককী কুল পুরোহিত ওইবিয়ু হায়দুনা বশিষ্ঠদা হাযজখি— মুনিদেব! ঐখোয় পুমনমককী শাগেগী পুরোহিত ওইবিয়ু, মাংখিদ্রবা লৈবাক অসি অমুক ফংননবা হোৎনজখিগনি ॥২৯—৩০॥

বশিষ্ঠনু হায়রিবা ম্বা অহ য়াবে অদুগা ভরত বংশগী লৈরিবা পুমমকপু মত্রমাম ওইহনখ্রে, মতুংদা নিংথৌ সংবরণবু লম অদুগী ক্ষত্রিয়শিংগী অমত্তা ওইবা নিংথৌ ওইনা অভিষেক তৌরিখি ॥৩৩॥ মমাংতৌদা ভরত নিংথৌনা লৈরম্বা কোম্পুং অদুনা মতম অদুগী, পৃথিবীগী মখুংদা খুন্টলগী হেন্না ফজবা রাজধানি অমনি হায়নৈ; সংবরণ নিংথৌনা রাজধানী অদুবু অমা তৌদুনা অমুরক হন্না মপা মপুগী থুভম অহ ফংখি হায়না ঐখোয়না তাই ॥৩৪॥ অদুগী মতুংদা মরৈপাকপু অমুক হন্না কললবা তুংদা অতোপ্পা নিংথৌ পুমমকপু লোই পোৎ হাইনখি, অদুগা দক্ষিণা মরাং কায়না কংলবা যজ্ঞ য়ামা লিংখৎখি। অদুগী মতুংদা সূর্য্যগী মচা, মমী তপতীগী গর্ভদা সংবরণগী কুরু হায়বা কৌবা মচা অমা পোকখি ॥৩৫—৩৬॥ কুরু হায়রিবা মিপা অসি য়াম্না ধর্ম্ম খংবা মীশক অমনি হায়দুনা প্রজাশিংনা মহাকপু নিংথৌ খাপখি; অদুগা মাগী মমিংগী কুরুজাঙ্গল হায়না

কুরুক্ষেত্রং স তপসা পুণ্যং চক্রে মহাতপাঃ। অশ্ববন্তমভিষ্যন্তং তথা চৈত্ররথং মুনিম্ ॥৩৮॥
জনমেজয়ঞ্চ বিখ্যাতং পুত্রানস্যানুশুশ্রুম। পঞ্চৈতান্ বাহিনী পুত্রান্ ব্যজায়ত মনস্বিনী ॥৩৯॥
অবিক্ষিতঃ পরিক্ষিত্তু শবলাশ্বশ্চ বীর্য্যবান্। আদিরাজো বিরাজশ্চ শাল্মলিশ্চ মহাবলঃ ॥৪০॥
উচ্চৈঃশ্রবা ভঙ্গকারো জিতারিশ্চাষ্টমঃ স্মৃতঃ। এতেষামন্ববায়ে তু খ্যাতাস্তে কর্ম্মজৈর্গুণৈঃ ॥৪১॥
জনমেজয়াদয়ঃ সপ্ত তথৈবান্যে মহারথাঃ। পরিক্ষিতোঽভবন্ পুত্রাঃ সর্ব্বে ধর্ম্মার্থকোবিদাঃ ॥৪২॥
কক্ষসেনোগ্রসেনৌ চ চিত্রসেনশ্চ বীর্য্যবান্ ইন্দ্রসেনঃ সুষেণশ্চ ভীমসেনশ্চ নামতঃ ॥৪৩॥
জনমেজয়স্য তনয়া ভুবি খ্যাতা মহাবলাঃ। ধৃতরাষ্ট্রঃ প্রথমজঃ পাণ্ডুর্বাহ্লীক এব চ ॥৪৪॥
নিষধশ্চ মহাতেজাস্তথা জাম্বুনদো বলী। কুণ্ডোদরঃ পদাতিশ্চ বসাতিশ্চাষ্টমঃ স্মৃতঃ।
সর্ব্বে ধর্ম্মার্থকুশলাঃ সর্ব্বভূতহিতে রতাঃ ॥৪৫॥
ধৃতরাষ্ট্রোঽথ রাজাসীত্তস্য পুত্রোঽথ কুণ্ডিকঃ। হস্তী বিতর্কঃ ক্রাথশ্চ কুণ্ডিনশ্চাপি পঞ্চমঃ ॥৪৬॥
হবিশ্রবাস্তথেন্দ্রাভঃ সুমন্যুশ্চাপরাজিতঃ। ধৃতরাষ্ট্রসুতানাহুরেতান্ প্রথিতান্ ভুবি ॥৪৭॥
প্রতীপং ধর্ম্মনেত্রঞ্চ সুনেত্রঞ্চৈব ভারত। প্রতীপঃ প্রথিতস্তেষাং বভূবাপ্রতিমো ভুবি ॥৪৮॥
প্রতীপস্য ত্রয়ঃ পুত্রা জজ্ঞিরে ভরতর্ষভ। দেবাপিঃ শান্তনুশ্চৈব বাহ্লীকশ্চ মহারথঃ ॥৪৯॥

---

দেশ অদু পৃথিবীদা ফাওখি ॥৩৭॥ তপস্যা কল্লবা কুরুনা তপস্যা তৌতুনা পাক-চাউরবা ক্ষেত্র অমবু "পুন্য-কুরুক্ষেত্র" অমুম হায়না ফাওহনখি। বাহিনী কৌবী কুরু নিংথৌগী মহারাণীনা মচা মঙা পোকখি. মখোয় অহুগী মমিংদি—অশ্ববান্, অভিষ্যন্ত, চৈত্ররথ, মুনি অমদি জনমেজয় মখোয় অসিনি ॥৩৮—৩৯॥ অশ্ববানগী অহন অশ্ববান্ অহুগা মাবু অবিক্ষি হায়নসু খংনবা অসিগী মচানিপা নিপাল পোকখি। মখোয়গী মমিংদি—পরিক্ষিৎ, শবলাশ্ব, আদিরাজ, বিরাজ, শাল্মলি, উচৈঃশ্রবা, ভঙ্গকার অমদি জিতারি কৌই। মখোয় অসিগী বংশদা পোকপা ক্ষত্রিয়মখৈ কনবা—থৌবা, মতক মগুণ অমদি চাউবা লেম্বা গুণ পুম্নমক অসিনা মমিং লোইনা চৎখি ॥৪০—৪১॥ পরিক্ষিৎকী জনমেজয়নাচিংবা মচা তরেৎ পোকখি। মখোয় পুম্নমক মতমগী মতুংইন্না ধর্ম্ম শাস্ত্রদা, রাজনীতিদা মুন্না খংলবা অমসুং হৈরবা মহারথীমক্তা ওইরমই ॥৪২॥ পরিক্ষিৎকী মচা তরেৎ অসিগী মমিংদি—জনমেজয়, কক্ষশেন, উগ্রসেন, চিত্রসেন, ইন্দ্রসেন, সুষেন, অমদি ভীমসেন অসিনি ॥৪৩॥

জনমেজয়গী মচা নিপা নিপাল পোকই; মখোয় পুম্নমক অকনবা ঙাক্তনি হায়না পৃথিবীদা ফাউখি, ধর্ম্ম শাস্ত্র অমদি নীতি শাস্ত্রদা য়াম্না চংখোল্লবা অমদি জীব পানবা পুম্নমক্কী মফমদা কানবদা তৌরবাঙাক্তা ওইরমই, মখোয়গী ধৃতরাষ্ট্র, পাণ্ডু, বাহ্লীক, নিষধ, জাম্বুনদ, কুণ্ডোদর, পদাতি, অমদি বসাতি কৌই ॥৪৪—৪৫॥ মখোয়গী মরুংদা ধৃতরাষ্ট্রনা নিংথৌ ওইরে; মহাক্কী মচা তরামাথোই পোকখি, মখোয়গী মমিংদি—কুণ্ডিক, হস্তী, বিতর্ক, ক্রাথ, কুণ্ডিন হবিশ্রবা, ইন্দ্রাভ, সুমন্যু, প্রতীপ, ধর্ম্মনেত্র অমসুং সুনেত্র কৌই। মখোয় অসিগী মরুংদা অকোনবগী অহুম অসি পৃথিবীদা ফাউখি; (মখোয় অসিগী মরুমদা অকোনবগী অহুম অসি পৃথিবীদা ফাউখি); মখোয়গী মরুংদা প্রদীপ হায়বা অসিনা অমুক হেন্না ফাউখি, মাগী মতমদা অগত্তা মাগুম্না অমা লৈরমদ্রে ॥৪৬—৪৮॥ ভরত শাগৈগী অখোইবা জনমেজয়! মহারাজ প্রতীপগী মচানিপা অহুম পোকখি; মখোয়গী

দেবাপিস্তু প্রবব্রাজ তেষাং ধর্মাভিকাঙ্ক্ষয়া। শান্তনুশ্চ মহীং লেভে বাহ্লীকশ্চ মহারথ ॥৫০॥
ভরতস্যান্বয়ে জাতাঃ সত্ত্ববন্তো মহারথাঃ। দেবর্ষিকল্পা নৃপতে! বহবো রাজসত্তমাঃ ॥৫১॥
এবংবিধাশ্চাপ্যপরে দেবকল্পা মহারথাঃ। জাতা মনোরন্বয়ে ঐলবংশবিবর্দ্ধনাঃ ॥৫২॥
অতোভারতী কীর্ত্তির্যেনেদং ভারতং কুলম্। অপরে যে চ পূর্বে বৈ ভারতা ইতি বিশ্রুতা ॥৫৩॥
ভরতস্যান্বয়ে হি দেবকল্পা মহৌজসঃ। বভূবুর্ব্রহ্মকল্পাশ্চ বহবো রাজসত্তমাঃ ॥৫৪॥
যেষামপরিমেয়ানি নামধেয়ানি সর্ব্বশঃ। তেষান্তু তে যথামুখ্যং কীর্ত্তয়িষ্যামি ভারত!
মহাভাগান্ দেবকল্পান্ সত্যার্জ্জবপরায়ণান্ ॥৫৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
সম্ভবে পূরুবংশানুকীর্ত্তনং নামোননবতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

মমিংদি—দেবাপি, শান্তনু, অমদি বাহ্লীক কৌই ॥৪৯॥ মথোয় অসিগী মরুংদা দেবাপি হায়বা অসিনা ধর্ম্ম অমসুং মঙ্গলগীদমক প্রব্রজ্যা কৌবা ব্রত চংখি; অদুনা মহারথী ওইরবা শান্তনু অমদি বাহ্লীকনা নিংথৌ থুভম ফংখি ॥৫০॥ মহারাজ! মতৌ অসুম্না ভরত বংশদা মপাঙ্গল কল্লবা, লান্দা থৌরবা অমদি দেবতা অমসুং ঋষিগা মানরবা নিংথৌ যাম্না মথং-মথং পোকখি ॥৫১॥ লাইগা মানরবা অমদি লান্দা থৌরবা অতোপ্পা নিংথৌ কযাসু মতৌ অসুমনা মনু, বংশদা পোক্লবা পুরূরবাগী বংশসে থোইনা চাউখহনখি ॥৫২॥ ভরত বংশ অসিবু, নিংথৌ অদুদগী ভরত বংশগী মিংচৎ অসে শুসি ফাউবা অমাং অতা লৈতনা লাক্লিবা অসিনি, অদুগা বংশ অসিদা মমাংদৌদা অতোপ অতোপপা নিংথৌ কযাসু পোকখি; মথোয অদুম্ভ ভরতগী মচা মগুনি হায়দুনা ভারত হায়না খংনখি ॥৫৩॥ হায়রিবা ভরত বংশ অসিদা দেবতামক্কা মান্নরবা মতিক-মগুণ মথৌনা লৈরবা, করি অমুক হায়রগনি, ব্রহ্মামক্কা মান্নরবা অথোই অথোইবা নিংথৌ কয়া পোকখি ॥৫৪॥ মথোয় পুম্নমক্কী মমিং লৌবা লাকপা শুঙ্বা পোৎ নত্তে, মথোয়গী মরক্তা অথোইবাশিং অদো অদুতগী মরাইবক কথিবা দেবতাগা মান্নরবা অমদি অচুম্বদা চৎপা অদুগা মপুকচেল লোম্বদনা নিংথৌ খরগী বিষয়ভা লীগে ॥৫৫॥

মতাং আসিদা শ্রীমহাভারতকা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদি পর্ব্বতা সম্ভবদা পূরু বংশানুকীর্ত্তন কৌবা মরিফুমাপল শুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## আদিপর্ব—সম্ভবে পূরুবংশানুকীর্ত্তনং

( মপ্লিক্কুতন্না শুবা অধ্যায় )

——:(*):——

জনমেজয় উবাচ ।

শ্রুতস্ত্বত্তো ময়া ব্রহ্মন্ ! পূর্ব্বষাং সম্ভবো মহান্ । উদারাশ্চাপি বংশেঽস্মিন্ রাজানো মে পরিশ্রুতাঃ ॥১॥
কিন্তু লঘ্বর্থসংযুক্তং প্রিয়াখ্যানং ন মামতি । প্রীণাত্যতো ভবান্ ভূয়ো বিস্তরেণ ব্রবীতু মে ॥ ২ ॥
এতামেব কথাং দিব্যা মা প্রজাপতিতো মনোঃ । তেষামাজননং পুণ্যং কস্য ন প্রীতিমাবহেৎ ॥৩॥
সদ্ধর্ম্মগুণমাহাত্মৈরভিবর্দ্ধিতমুত্তমন্ । বিষ্টভ্য লোকাংস্ত্রীনেষাং যশঃ স্ফীতমবস্থিতম্ ॥৪॥
গুণপ্রভাববীর্য্যৌজঃসত্ত্বোৎসাহবতামহম্ । ন তৃপ্যামি কথাং শৃণ্বন্নমৃতাস্বাদসম্মিতাম্ ॥৫॥

বৈশম্পায়ন উবাচ ।

শৃণু রাজন্ ! পুরা সম্যঙ্ময়া দ্বৈপায়নাচ্ছ্রুতম্ । প্রোচ্যমানমিদং কৃৎস্নং স্ববংশজননং শুভম্ ॥৬॥
অব্যক্তপ্রভবো ব্রহ্মা শাশ্বতো নিত্য অব্যয়ঃ । তস্মান্মরীচিঃ সংজজ্ঞে দক্ষশ্চৈব প্রজাপতিঃ ॥৭॥

---

জনমেজয়না হায়খি— মহর্ষি বৈশম্পায়ন ! ঐনা ঐগী ইবুধৌশিংগী নিংথিরবা হুংঙাইরবা মপোক্নী ব্বারি পূমনমক মুনিদেবদগী তাজরে । অদুগা ঐখোয়গী বংশ অসিগী পুকচেল চাউরবা নিংথৌশিংগী-ব্বারিসু তাজরে ॥১॥ অদুগা ব্বারিশিং অসে তাবদদি য়ামনা হুংঙাইরবদা য়ামনা শমজিন্নমনখিবা অসিনা ব্বারিশিং অসি তাবদা মপুং ফানা পেল্লি হায়বদি ঙমজদে । মরম অদুনা মুনিদেবনা ঐহাক্না অমদি— সন্তুদগী হৌনা হুংঙাইরবা ব্বারিশিং অসি মকোক্তগী অমুক হৌনা ইনৌ নৌনা ঐগী ইকমদা শন্দোকনা মথংশিংনা লীবিয়ু । ইপা ইপুশিং অসিগী পোকপদগী শিবা ফাউবগী ব্বারিশিং অসিনা কনাগী মকমদা হুংঙাইবা অপেনবা পীরোইদগে ? ॥২—৩॥ ঐগী ইপুধৌশিংগী ফজনবা লমচৎ, লেনখিবা পুন্নমি মরেন, ধর্ম্ম-কর্ম্মগী মরম ওইবা থনক পূমনমক লিংথংখিবা, মথল মথা অয়াম্বা গুণ অমদি থুংহনপাঙ্গনমা পানখিবনা মায়কৈ মরিমক্তা মখোয়গী লেংত্রবা মিংচৎ শন্দোকখি ; অদুগুম্বা মিংচৎশিং'হুনা হৌজিক ফাউবা মরোন অহুমদা লেংদনা শিনথুংনা লৈরিবা অসিনি ॥৪॥ মতিক-মগুণ, মথৌনা, হকচাংগী পাঙ্গল, পুক্নিংগী পাঙ্গল, উইন কনবা, ইচংখৌবা, ইপা ইপুশিং অদুগী অমৃতগা মান্নবা থুমলবা ব্বারিশিং অদো তাবগা অমৃত থকউবা হৌরুরগা পেন্দবগুম পেন্থত্রি ॥৫॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি— মহারাজ ! মমাংদৈদা ঐনা মহর্ষি বেদব্যাসকী মফমদগী তাখিবা, মহারাজনা পুর্ব্বপুরুষশিংগী তাবনা মঙ্গলগী মগক ওইরবা ব্বারিশিং অদো শন্দোকনা অমুক লীজগে তাবিয়ু ॥৬॥ হয়েং প্রলয় কাউবা লৈহৌরগাদবা, মরম অহুমক্তনা মহাকপু, নিত্য হায়না খংনরবা, চহি য়াম্রবস্ত ঐখোঙৈগুম্বা হকচাং কংশিনবা শাইত্রবা অমদি মহাক মনামক শ্রীনারায়ণগী অঙ্গনগী থোকখৎরো, ব্রহ্মা হায়বা অদুগী মরীচিগা দক্ষগা মচা অনি অসি পোকখি ॥৭॥

অঙ্গুষ্ঠাদ্দক্ষমসৃজচ্চক্ষুর্ভ্যাঞ্চ মরীচিনম্। মরীচেঃ কশ্যপঃ পুত্রো দক্ষস্য দুহিতাদিতিঃ ॥৮॥

অদিত্যাং কশ্যপাদ্বিবস্বান্, বিবস্বতো মনু, মনোরিলা, ইলায়াঃ পুরূরবাঃ, পুরূরবস আয়ুঃ,
আয়ুষো নহুষঃ, নহুষাদ্যযাতিঃ ॥৯॥

যযাতের্দ্বে ভার্য্যে বভূবতুঃ—উশনসো দুহিতা দেবযানী, বৃষপর্বণশ্চ দুহিতা শর্ম্মিষ্ঠা নাম ॥১০॥

অত্রানুবংশঃ শ্লোকো ভবতি ॥১১॥

যদুঞ্চ তুর্বসুঞ্চৈব দেবযানী ব্যজায়ত। দ্রুহ্যুঞ্চানুঞ্চ পূরুঞ্চ শর্ম্মিষ্ঠা বার্ষপর্বণী ॥১২॥

তত্র যদোর্যাদবাঃ, পুরোঃ পৌরবাঃ ॥১৩॥

পূরোশ্চ ভার্য্যা কৌশল্যা, তস্যামস্য জজ্ঞে জনমেজয়ঃ ॥১৪॥

স ত্রীন্ হয়মেধানাজহার, বিশ্বজিতা চেষ্ট্বা। বনং বিবেশ ॥১৫॥

জনমেজয়ঃ খল্বনন্তাং নামোপযেমে মাগধীম্, তস্যামস্য জজ্ঞে প্রাচীন্বান্ ॥১৬॥

যঃ প্রাচীং দিশং জিগায় যাবৎ সূর্য্যোদয়াৎ। ততস্তস্য প্রাচীন্বত্বম্ ॥১৭॥

প্রাচীন্বান্ খল্বশ্মকীমুপযেমে যাদবীম, তস্যামস্য জজ্ঞে সংযাতিঃ ॥১৮॥

সংযাতিঃ খলু দৃশদ্বতো দুহিতরং বরাঙ্গীং নামোপযেমে। তস্যামস্য জজ্ঞে অহংযাতিঃ ॥১৯॥

---

ব্রহ্মানা খুবীদগী দক্ষ, অদুগা মিৎ অনিদগী মরীচিবু শেমদুনা পুথোকখি ; মরীচিগী মচানা কশ্যপ দক্ষগী মচানা অদিতি পোকখি ॥৮॥ কশ্যপগী ঔরসতগী অদিতিগী গর্ভদা সূর্য্য, সূর্য্যদগী মনু, মনুদগী ইলা, ইলাদগী পুরূরবা, পুরূরবাদগী আয়ু, আয়ুদগী নহুষ অদুগা নহুষতগী যযাতি পোকখি ॥৯॥ যযাতিগী ভার্য্যা অনি লৈরমই ; অমনা শুক্রাচার্য্যগী মচানুপী দেবযানীনি, অমনা অসুরগী নিংথৌ বৃষপর্ব্বগী মচানুপী শর্ম্মিষ্ঠানি ॥১০॥ মফম অসিদা বংশ অসিগী মথং লনাও নাইনা খংননবা শ্লোক অমা লৈরি ॥১১॥ শ্লোক অদুগী অর্থদি দেবযানীগী গর্ভদা যদুগা তুর্বসুগা অনি পোকখি, শর্ম্মিষ্ঠাগী গর্ভদা—দ্রুহ্যু, অনু অমদি পূরু অহুম অসি পোকখি ॥১২॥ মখোযগী মনুংদা যদু হায়বা অসিদগী যাদববংশ, পূরু হায়বা অসিদগী পৌরববংশ কৌবা বংশ অনি অসি হৌজিক ফাউবা চৎনরক্লিবা অসিনি ॥১৩॥ পূরুগী ভার্য্যানা কৌশল্যা কৌই ; মহাককী গর্ভদা পূরুগী ঔরসদগী জনমেজয় পোকখি ॥১৪॥ জনমেজয় হাযরিবা অসিনা অশ্বমেধ যজ্ঞ অহুমক তৌখি, অদুগা বিশ্বজিৎ কৌবা যজ্ঞ অমা তৌরবা তুংদা তপস্যাগী দমক তপোবন তান্না চৎখি ॥১৫॥ জনমেজয়না মগধগী নিংথৌগী মচানুপী অনন্তা কৌবীবু লুহোংদুনা লৌখি ; অনন্তাগী গর্ভদা জনমেজয়গী মচানিপা অমা পোকখি ; মাগী মমিং প্রাচীন্বান্ কৌই ॥১৬॥ মহাকনা থোরক্লিবা সুমিৎ অসিগী নোংপোক থংবদা লৈখিব্রা দেশমখৈ লোইনা জয় তৌখি, অদুগা মরম অদুমক্তনা মহাকপু প্রাচীন্বান্ হায়বদি নোংপোক-ভন্বা নিংথৌ অসুম হায়না খংনখি ॥১৭॥ প্রাচীন্বান্ কায়বা অসিনা যদুবংশগী নিডোল অশ্মকী কৌবী কন্যা অমা লুহোংদুনা লৌখি ; মাগী গর্ভদা প্রাচীন্বান্‌গী মচানিপা অমা পোকখি, মহাককী মমিংনা সংযাতি কৌই ॥১৮॥ সংযাতিনা দৃশদ্বান্ কৌবা নিংথৌগী মচানুপীবু লুহোংদুনা লৌখি ; মহাককী মমিং বরাঙ্গী কৌই, সংযাতিগী ঔরসতগী বরাঙ্গীগী গর্ভদা অহংযাতি পোকই ॥১৯॥

অহংযাতিঃ খলু কৃতবীর্য্যদুহিতরমুপযেমে ভানুমতীং নাম। তস্যামস্য জজ্ঞে সার্বভৌমঃ ॥২০॥

সার্বভৌমঃ কিল জিত্বা জহার কৈকেয়ীং সুনন্দাং নাম, তামুপযেমে। তস্যামস্য জজ্ঞে জয়ৎসেনো ॥২১॥

জয়ৎসেনঃ খলু বৈদর্ভীমুপযেমে সুশ্রবাং নাম। তস্যামস্য জজ্ঞে অবাচীনঃ ॥২২॥

অবাচীনোঽপি বৈদর্ভীমেবাপরামুপযেমে মর্য্যাদাং নাম। তস্যামস্য জজ্ঞে অরিহঃ ॥২৩॥

অরিহঃ খল্বাঙ্গীমুপযেমে, তস্যামস্য জজ্ঞে মহাভৌমঃ ॥২৪॥

মহাভৌমস্তু প্রাসেনজিতীমুপযেমে সুযজ্ঞা নাম, তস্যামস্য জজ্ঞে অযুতানায়ী ॥২৫॥

যঃ পুরুষমেধানামযুতমানয়ৎ। তেনাস্যাযুতানায়িত্বম্ ॥২৬॥

অযুতানায়ী খলু পৃথুশ্রবসো দুহিতরমুপযেমে কামাং নাম, তস্যামস্য জজ্ঞে অক্রোধনঃ ॥২৭॥

অক্রোধনঃ খলু কালিঙ্গীং করম্ভাং নামোপযেমে। তস্যামস্য জজ্ঞে দেবাতিথিঃ ॥২৮॥

দেবাতিথিঃ খলু বৈদেহীমুপযেমে মর্য্যাদাং নাম। তস্যামস্য জজ্ঞে অরিহো নাম ॥২৯॥

অরিহঃ খল্বাঙ্গেয়ীমুপযেমে সুদেবাং নাম। তস্যাং পুত্রমজীজনদৃক্ষম্ ॥৩০॥

---

অহং যাতিনা কৃতবীর্য্য কৌবা নিংথৌগী মচা মুপী ভানুমতীবু লুহোংদুনা লৌই, ভানুমতীগী গর্ভদা অহং যাতিগী মচা নিপা অমা পোকখি মাগী মমিং সার্ব্বভৌম কৌই ॥২০॥ সার্ব্ব-ভৌমনা লান্দা জয ওইদুনা, কেকয়দেশগী নিংথৌগী মচা মুপী সুনন্দাবু ফাদুনা লুহোংখি। সুনন্দাগী গর্ভদা জয়ৎ সেন হায়না কৌবা সার্ব্বভৌমগী ঔরসতগী মচানিপা অমা পোকখি ॥ ২১ ॥ জয়ৎ সেননা বিদর্ভ নিংথৌগী মচা মুপী সুশ্রবা কৌবীবু লুহোংদুনা লৌখি, মাগী গর্ভদা জয়ৎসেনগী অবাচীন কৌবা মচা নিপা অমা পোকখি ॥২২॥ হায়রিবা অবাচীন অসিসু বিদর্ভ নিংথৌ অদুমক্কী মচা মুপী মর্য্যাদা কৌবীবু লুহোংদুনা লৌখি; মর্য্যাদাগী গর্ভদা মচা নিপা অমা পোকখি, মাগী মমিং অরিহ কৌই ॥ ২৩ ॥ অরিহনা অঙ্গদেশগী নিংথৌগী মচা মুপী লুহোং-দুনা লৌই; মহাককী গর্ভদা অরিহ মহাভৌম কৌবা মচা নিপা অমা পোকখি ॥২৪॥ মহা-ভৌমনা প্রসেনজিৎ কৌবা নিংথৌগী মচা মুপী সুযজ্ঞাবু লুহোংদুনা লৌই; মাগী গর্ভদা মহাভৌমগী মচানিপা অমা পোকখি; মাগী মমিং অযুতানায়ী কৌখি ॥২৫॥

মহাক্না পুরুষমেধ কৌবা যজ্ঞ অযুত অমা তৌখি; মদুমক্তনা মাগী মমিং অযুতানায়ী কৌখিবনি ॥২৬॥

অযুতানায়ীনা পৃথুশ্রবা কৌবা নিংথৌগী মচা মুপী কামাবু লুহোংদুনা তৌখি; কামাগী গর্ভদা অযুতানায়ীগী মচা নিপা অমা পোকখি, মাগী মমিং অক্রোধন কৌই ॥২৭॥ অক্রো-ধননা কলিঙ্গ দেশগী নিংথৌগী মচামুপী করম্ভা কৌবীবু লুহোংদুনা লৌখি; মাগী গর্ভদা দেবা-তিথি কৌবা মচানিপা অমা পোকখি ॥২৮॥ দেবাতিথিনা বিদেহ নিংথৌগী মচামুপা মর্য্যাদা কৌবীবু লুহোংদুনা লৌখি; মাগী গর্ভদা দেবাতিথিগী মচা নিপা অমা পোকখি, মাগী মমিং অনি শুবা অরিহ হায়না খংনৈ ॥২৯॥ অরিহনা অঙ্গ নিংথৌগী মচামুপী সুদেবাবু লুহোংদুনা লৌখি অমসুং মাগী গর্ভদা ঋক্ষ কৌবা মচা নিপা অমা পোকখি ॥৩০॥

ঋক্ষঃ খলু তক্ষকদুহিতরমুপযেমে জিহ্বলাং নাম। তস্যাং পুত্রং মতিনারং নামোৎপাদয়ামাস ॥৩১॥
মতিনারঃ খলু সরস্বত্যাং গুণসমুদিতং দ্বাদশবার্ষিকং সত্রমাহরৎ।
সমাপ্তে চ সত্রে সরস্বত্যভিগম্য তং ভর্ত্তারং বরয়ামাস। স তস্যাং পুত্রমজীজনত্তংসুং নাম ॥৩২॥
অত্রানুবংশং শ্লোকো ভবতি ॥৩৩॥
তংসুং সরস্বতী পুত্রং মতিনারাদজীজনৎ। ঈলিনং জনয়ামাস কালিঙ্গ্যাং তংসুরাত্মজম্ ॥৩৪॥
ঈলিনস্তু রথন্তর্য্যাং দুষ্মন্তাদ্যান্ পঞ্চ পুত্রানুৎপাদয়ামাস ॥৩৫॥
দুষ্মন্তঃ খলু বিশ্বামিত্রদুহিতরং শকুন্তলাং নামোপযেমে। তস্যামস্য জজ্ঞে ভরতঃ ॥৩৬॥
তত্র শ্লোকৌ ভবতঃ ॥৩৭॥
ভস্ত্রা মাতা পিতুঃ পুত্রো যেন জাতঃ স এব সঃ ভরস্ব পুত্রং দুষ্মন্ত। মাবমংস্থাঃ শকুন্তলাম্ ॥৩৮॥
রেতোধাঃ পুত্র উন্নয়তি নরদেব। যমক্ষয়াৎ। ত্বঞ্চাস্য ধাতা গর্ভস্য সত্যমাহ শকুন্তলা ॥৩৯॥
ততোঽস্য ভরতত্বম্ ॥৪০॥
ভরতঃ খলু কাশেয়ীমুপযেমে সার্ব্বসেনীং সুনন্দাং নাম। তস্যামস্য জজ্ঞে ভূমন্যুঃ ॥৪১॥
ভূমন্যুঃ খলু দাশার্হীমুপযেমে বিজয়াং নাম। তস্যামস্য জজ্ঞে সুহোত্রঃ ॥৪২॥
সুহোত্রঃ খল্বিক্ষ্বাকুকন্যামুপযেমে সুবর্ণাং নাম। তস্যামস্য জজ্ঞে হস্তী ॥৪৩॥

---

ঋক্ষনা তক্ষক কৌবা নিংথৌগী মচানুপী জিহ্বালাবু লুহোংখি অমসুং মাগী গর্ভদা মতিনার কৌবা মচানিপা অমা পোকখি ॥৩১॥ মতিনারনা সরস্বতী তুরেনগী মপান্দা অঙ্গ পূমনমকনা তিল্লবা চহি তরানিথোই চংবা, চাউরবা যজ্ঞ অমা তৌখি, যজ্ঞ অদুনা হেক লোইবদা সরস্বতী লাকতুনা— মতিনারবু মপুরোইবা ওইনা লৌখি, মাগী গর্ভদা "তংসু" কৌবা মচানিপা অমা পোকখি ॥৩২॥ মতাং অসিদা বংশ অসিগী মথং মনাও কাইনা মীরোন খবা ইথবা শ্লোক অমসু লৈরি, মাদুগী অর্থদি— সরস্বতীনা মতিনারগী ঔরসতগী তংসু কৌবা মচা অমা পোকখি, তংসু অসিনা অমুক মহাক্কী ভার্য্যা কালিঙ্গীগী গর্ভদা "ঈলিন" কৌবা মচা অমা পোকখি ॥৩৩—৩৪॥ ঈলিননা মহাককী ভার্য্যা রথন্তরীগী গর্ভদা দুষ্মন্তনাহিংবা মচানিপা মঙা পোকখি ॥৩৫॥ দুষ্মন্ত অসিনা বিশ্বামিত্রগী মচানুপী শকুন্তলাবু লুহোংহনা লৌই; শকুন্তলাগী গর্ভদা ভরত পোকখি ॥৩৬॥ মাসিগী মরমদা প্রমাণ ওইনা শ্লোক অনি লৈ, শ্লোক অনি অদুগী অর্থদি—"মমাদি উনশাগী কুয়োমত্তনি, মপানা মচা ওইনা পোকপত্তনি। অদুনা দুষ্মন্ত! নচাসি য়োকউ, শকুন্তলাবু থৌওইদবা তৌগনু।" "তাবিয়ু মহারাজ! মচা হায়বসিনা মপাবু নরকতগী কনবনি, অত্তাং অসি নচামকনি, শোয়দবনি; শকুন্তলানা হায়বাসি অচুম্বনি ॥৩৭—৩৯॥ মতৌ অসুমনা আকাশবানী লাওখিবনি, অদুনা দুষ্মন্তগী মচানিপাগী মমিং "ভরত" কৌই হায়বগী প্রমাণ ওইরে ॥৪০॥ কাশী নিংথৌ সর্ব্বসেনগী মচানুপী সুনন্দাবু ভরতনা লুহোংহনা লৌখি; হায়রিবী সুনন্দাগী গর্ভদা ভূমন্যু কৌবা মচানিপা অমা ভরতকী পোকখি ॥৪১॥

মতুম্না চাররবদা, ভূমন্যুনা যদুবংশদা পোকপী বিজয়া কৌবী কন্যাবু লুহোংহনা লৌখি; মহাক্কী গর্ভদা ভূমন্যুগী সুহোত্র কৌবা মচা নিপা অমা পোকখি ॥৪২॥ ইক্ষ্বাকু বংশদা পোকপী সুবর্ণা কৌবী কন্যাবু লুহোংখি; সুবর্ণাগী গর্ভদা সুহোত্রগী মচানিপা "হস্তী" কৌবা

য ইদং হাস্তিনপুরং স্থাপয়ামাস। এতদস্য হাস্তিনপুরত্বম্ ॥৪৪॥
হস্তী খলু ত্রৈগর্ত্তীমুপযেমে যশোধরাং নাম। তস্যামস্য জজ্ঞে বিকুণ্ঠনঃ ॥৪৫॥
বিকুণ্ঠনঃ খলু দাশার্হীমুপযেমে সুদেবাং নাম। তস্যামস্য জজ্ঞে অজমীঢ়ঃ ॥৪৬॥
অজমীঢ়স্য চতুর্বিংশতিপুত্রশতং বভূব কৈকেয্যাং গান্ধার্য্যাং বিশালায়ামৃক্ষায়াঞ্চেতি পৃথক্ পৃথগ্ বংশকরা নৃপতয়ঃ। তত্র বংশকরঃ সংবরণঃ ॥৪৭॥
সংবরণঃ খলু বৈবস্বতীং তপতীং নামোপযেমে। তস্যামস্য জজ্ঞে কুরুঃ ॥৪৮॥
কুরুঃ খলু দাশার্হীমুপযেমে শুভাঙ্গীং নাম। তস্যামস্য জজ্ঞে বিদূরথঃ ॥৪৯॥
বিদূরথস্তু মাধবীমুপযেমে সম্প্রিয়াং নাম। তস্যামস্য জজ্ঞে অনশ্বা নাম ॥৫০॥
অনশ্বা খলু মাগধীমুপযেমে অমৃতাং নাম। তস্যামস্য জজ্ঞে পরিক্ষিৎ ॥৫১॥
পরিক্ষিৎ খলু বাহুদামুপযেমে সুযশাং নাম। তস্যামস্য জজ্ঞে ভীমসেনঃ ॥৫২॥
ভীমসেনঃ খলু কৈকেয়ীমুপযেমে কুমারীং নাম। তস্যামস্য জজ্ঞে প্রতিশ্রবা নাম ॥৫৩॥
প্রতিশ্রবসঃ প্রতীপঃ ॥৫৪॥
প্রতীপঃ খলু শৈব্যামুপযেমে সুনন্দাং নাম। তস্যাং পুত্রানুৎপাদয়ামাস দেবাপিং শান্তনুং বহ্লীকঞ্চেতি॥৫৫॥

---

অমা পোকখি ॥৪৩॥ হস্তী কৌবা নিংথৌ অসনা হস্তীনা নগরবু নিংথিনা শেমগৎখি। হস্তী কৌবা নিংথৌনা অমুক শেমগৎখি হায়দুনা নগর অসি হস্তিনাপুর হায়না কৌনখি ॥৪৪॥ ত্রিগর্ত্ত-নিংথৌগী মচানুপী যশোধরাবু "হস্তী"না লুহোংখি, মহাক্কী গর্ভদা হস্তীগী ঔরসদগী বিকুণ্ঠন কৌবা মচা নিপা অমা পোকখি ॥৪৫॥ যদুবংশগী সুদেবা কৌবীবু বিকুণ্ঠননা লুহোংখি; মাগী গর্ভদা বিকুণ্ঠনগী "অজমীঢ" কৌবা মচা অমা পোকখি ॥৪৬॥ অজমীঢগী মুপী মরিনি, মখোয়গী মমিং—কৈকেয়ী, গান্ধারী, বিশালা অমদি ঋক্ষা কৌই, মুপী মরি অসিগী গর্ভদা অজমীঢগী মচা চামগা কুন পোকখি; মখোয়সি মতম চানা চানা অতোপ-অতোপ্পা লৈবাককী নিংথৌ ওইদুনা তোঙান তোঙানবা বংশ থনমখি। মখোয়গী মনুংদা সংবরণ কৌবা নিংথৌনা মহারাজ খোয়গী বংশ অসি লিংখৎলম্বানিদো ॥৭৭॥ বিবস্বানগী মচা মুপী তপতীবু সংবরণনা লৌখি; মহাক্কী গর্ভদা সংবরণগী মচানিপা অমা পোকখি; মাগী মমিংদি "কুরু" হায়রিবাসিনি ॥৪৮॥ যদুবংশদা পোকপী শুভাঙ্গী কৌবী কন্যাবু কুরুনা লুহোংখি; মহাক্কী গর্ভদা "বিদুরথ" কৌবা কুরুগী মচানিপা অমা পোকখি ॥৪৯॥ মধুবংশগী নিঙোল সম্প্রিয়া কৌবী কন্যাবু বিদূরথনা লুহোংখি; সম্প্রিয়াগী গর্ভদা বিদূরথগী মচা নিপা অমা পোকখি, "অনশ্বা" কৌই ॥৫০॥

মধুবংশদা পোকপী "অমৃতা" কৌবী কন্যাবু "অনশ্বা"না লৌখি, মাগী গর্ভদা অনশ্বাগী পরিক্ষিৎ কৌবা মচা নিপা অমা পোকখি ।৫১॥ "বাহুদ" নিংথৌগী মচা মুপী "সুযশা" বু পরিক্ষিৎনা লুহোংখি, সুযশাগী গর্ভদা পরিক্ষিৎকী মচা নিপা অমা পোকখি, মাগী মমিংদি "ভীমসেন" কৌই ।।৫২॥ "কেকয়" নিংথৌগী মচানুপী "কুমারী" কৌবীবু ভীমসেননা লুহোংখি, মাগী মচাদি "প্রতিশ্রবা" কৌই ॥৫৩॥ প্রতিশ্রবাগী মচানা "প্রতীপ" কৌই ॥৫৪॥ "শিবি" নিংথৌগী মচা মুপী সুনন্দাবু প্রতীপনা লুহোংখি, মাগী গর্ভদা মচানিপা অহুম পোকখি; মখোয়গী মমিংদি — দেবাপি, শান্তনু

দেবাপিঃ খলু বাল এবারণ্যং বিবেশ, শান্তনুস্তু মহীপালো বভূব ॥৫৬॥
তত্র শ্লোকো ভবতি ॥৫৭॥
যং যং করাভ্যাং স্পৃশতি জীর্ণং স সুখমশ্নুতে। পুনর্য্যুবা চ ভবতি তস্মাত্তং শান্তনুং বিদুঃ ॥৫৮॥
তদস্য শান্তনুত্বম্ ॥৫৯॥
শান্তনুঃ খলু গঙ্গাং ভাগীরথীমুপযেমে। তস্যামস্য জজ্ঞে দেবব্রতঃ ॥ ৬০ ॥
যমাহুর্ভীষ্ম ইতি ॥ ৬১ ॥
ভীষ্মঃ খলু পিতুঃ প্রিয়চিকীর্ষয়া সত্যবতীং মাতরমুদবাহয়ৎ ॥৬২ ॥
যামাহুর্গন্ধকালীতি ॥৬৩॥
তস্যাং পূর্ব্বং কানীনো গর্ভঃ পরাশরাদ্দ্বৈপায়নোঽভবৎ ॥ ৬৪ ॥
তস্যামেব শান্তনোরন্যৌ দ্বৌ পুত্রৌ বভূবতুঃ—চিত্রাঙ্গদো বিচিত্রবীর্য্যশ্চ ॥৬৫॥
তয়োরপ্রাপ্তযৌবন এব চিত্রাঙ্গদো গন্ধর্ব্বেন হতঃ। বিচিত্রবীর্য্যস্তু রাজাসীৎ ॥৬৬ ॥
বিচিত্রবীর্য্যঃ খলু কৌশল্যাত্মজে অম্বিকাম্বালিকে কাশিরাজদুহিতরাবুপযেমে ॥৬৭॥
বিচিত্রবীর্য্যস্ত্বনপত্য এব বিদেহত্বং প্রাপ্তঃ ॥৬৮॥
ততঃ সত্যবতী চিন্তয়ামাস,—মা দৌষ্মন্তো বংশ উচ্ছেদং ব্রজেদিতি ॥৬৯॥
সা দ্বৈপায়নমৃষিং মনসা চিন্তয়ামাস ॥৭০॥
স তস্যাঃ পুরতঃ স্থিতঃ কিং করবাণীতি ॥৭১॥

অমদি "বাহ্লীব" কৌই ॥৫৫॥ মখোয়গী মনুংদা দেবাপিনা অভাং ওইবিবৈদগী বনদা তপস্যা তৌবা চৎখ্রে, অদুনা শান্তনুনা নিংথৌ ওইহৌবে ॥৫৬॥ শান্তনু অসিগী মরমদা প্রমাণ ওইনা শ্লোক অমা লৈ ॥৫৭॥ মাদুগী অর্থদি — "নিংথৌ অসিগী মখুৎ অনিনা। শোকউ-শোকউবা হনুবদো খুদক্তা নুংঙাইবা ফংদুনা পাখং মচা ওইখিদো মবন অসিনা মহাকপু। শান্তনু হায়না খংনৈদো" ॥৫৮॥
শ্লোক প্রমাণ অসিনা মরম ওইদুনা নিংথৌ অদুগী মমিং শান্তনু কৌই হায়বাসি শোয়দ্রবনি ॥৫৯॥ গঙ্গা দৈবীবু শান্তনুনা বিবাহ তৌখি, গঙ্গাগী গর্ভদা "দেবব্রত" কৌবা মচানিপা অমা পোকখি ॥৬০॥ মহাকপু অযাম্বনা "ভীষ্মক" হায়না খংনৈ ॥৬১॥ ভীষ্মনা মপা শান্তনুগী পোম্নবগীদমক্তা, ব্যাস-পোকপী সত্যবতীবু মপাগা লুহোংহল্লই ॥৬২॥ সত্যবতী অসি অয়াম্বনা গন্ধকালী হায়না কৌনরমই ॥৬৩॥ কুমারীগী অবস্থাদা সত্যবতী অসিগী গর্ভদা ইহান হানবদা পরাশর মুনিগী ঔরসদগী বেদব্যাস অসি পোকখি ॥৬৪॥ অদুগী মতুংদা অমুক, সত্যবতী অসিমক্কী গর্ভদা শান্তনুগী মচা নিপা অনি পোকখি। মখোয়গী মমিংদি অমনা চিত্রাঙ্গদা হায়বাসি পাপ-মপুং ফাদ্রিবৈদা গন্ধর্বগী মখুত্তা মথত্থাই থাখি; অদুনা মনাও বিচিত্র বীর্য্যনা নিংথৌ ওইখি ॥৬৬॥ কৌশল দেশগী নিংথৌ "কাশি" কৌবগী মচা নুপী অনি অম্বিকা, অম্বালিকা কৌবীবু লুহোংদুনা লৌখি ॥৬৭॥ অদুবু নিংথৌ অসি মচা অমত্তা পোক্রমদনা মতম চংদনা শিখি ॥৬৮॥ অদুগী মতুংদা সত্যবতী অসি চিন্তা তৌরক্লে, করম তৌরে হায়রগা দুষ্মন্তগী বংশ অসি মুংলোইদগে হায়দুনা খল্লক্লে ॥৬৯॥ অদুগী মতুংদা বেদব্যাসবু নিংশিংখি ॥৭০॥ অদুগী তুংদা বেদব্যাসনা লাক্লুনা—"ইমা! কবু করি তৌজো হায়বাগে" অমুম হায়না সত্যবতীদা

সা তমুবাচ ভ্রাতা তবানপত্য এব স্বর্যাতো বিচিত্রবীর্য্যঃ। সাধ্বপত্যং তস্যোৎপাদয়েতি ॥৭২॥
স তথেত্যুক্ত্বা ত্রীণ্যপত্যান্যুৎপাদয়ামাস ধৃতরাষ্ট্রং পাণ্ডুং বিদুরঞ্চেতি ॥৭৩॥
তত্র ধৃতরাষ্ট্রস্য রাজ্ঞঃ পুত্রশতং বভূব গান্ধার্য্যাং বরদানাদ্দ্বৈপায়নস্য ॥৭৪॥
তেষাং ধৃতরাষ্ট্রস্য পুত্রাণাং চত্বারঃ প্রধানা বভূবুঃ—দুর্য্যোধনো দুঃশাসনো বিকর্ণশ্চিত্রসেনশ্চেতি ॥৭৫॥
পাণ্ডোস্তু দ্বে ভার্য্যে বভূবতুঃ—কুন্তী পৃথা নাম, মাদ্রী চেত্যুভে স্ত্রীরত্নে ॥৭৬॥
অথ পাণ্ডুর্মৃগয়াং চরন্ মৈথুনগতং মুনিমপশ্যন্মৃগ্যাং বর্ত্তমানম্ ॥৭৭॥
তথৈবাপ্লুতমনাসাদিতকামরসমতৃপ্তঞ্চ বাণেনাভিজঘান ॥৭৮॥
স বাণবিদ্ধ উবাচ পাণ্ডুম্—'চরতাহনর্থমিমং যেন ত্বয়াঽভিজ্ঞেন কামরসস্যাহমনবাপ্তকামরসো
নিহতঃ, তস্মাত্ত্বমপ্যেতামবস্থামাসাদ্যানবাপ্তকামরসঃ পঞ্চত্বমবাপ্স্যসি ক্ষিপ্রমেবেতি' ॥৭৯॥
স বিবর্ণরূপস্তথা পাণ্ডুঃ শাপং পরিহরমাণো নোপাসর্পত ভার্য্যে, বাক্যঞ্চোবাচ ॥৮০॥
'স্বচাপল্যাদিদং প্রাপ্তবানহম্। শৃণোমি চ নানপত্যস্য লোকাঃ সন্তীতি।
সা ত্বং মদর্থে সুতানুৎপাদয়েতি কুন্তীমুবাচ ॥৮১॥
সা তথোক্তা পুত্রানুৎপাদয়ামাস ধর্ম্মাদ্যুধিষ্ঠিরম্, মারুতাদ্ভীমসেনম্, শক্রাদর্জ্জুনমিতি ॥৮২॥

---

হংখি ॥৭১॥ সত্যবতীনা ব্যাসদা হায়খি —"ইবুংঙো নংগী ননাও বিচিত্রবীর্য্য হায়বা অদুদি মচা অমতা থনমদনা পরলোকতা চংখ্রে দো, অদুনা বংশ অসি মুত্তনবা ননাও অদুগী মচা পোক্লনবা নংনা শীল্লু" ॥৭২॥ মমাগী ব্রা অদু তাবদা বেদব্যাসনা ইমাগী য়াথং ভাকচগনি হায়দুনা অম্বিকা অমদি অম্বালিকাগী গর্ভদা মচানিপা অহুম পোকহনখি, মখোয়গী মমিংদি—ধৃতরাষ্ট্র, পাণ্ডু, অমদি বিদুর কৌই ॥৭৩॥ মখোয়গী মনুংদা ধৃতরাষ্ট্রনা নিংথৌ ওইখি; অদুগা বেদব্যাসগী বরদগী গান্ধারীগী গর্ভদা ধৃতরাষ্ট্রগী মচা চামা পোকখি ॥৭৪॥ ধৃতরাষ্ট্রগী মচা চামগী মনুংদা দুর্য্যোধন, দুঃশাসন, বিকর্ণ অমদি চিত্রসেন মরি অসিনা অখোইবনি। ৭৫॥ পাণ্ডুগী নুপীনা অনিনি; অহনবা "কুন্তী" অমদি "পৃথা" কৌই; অতোপ্পীনা মাদ্রী কৌই। মখোয় অনিমক নুপীগী মনুংদা রত্ননি ॥৭৬॥ পাণ্ডুনা নোংমা মৃগয়া চৎপদা বনদা শজি-লাবা অমোম অনিনা লোয়নদুনা শান্নবা উব্রে ॥৭৭॥

শজিলাবা অদুনা অমোম অদুগা শান্নবদা অপেনবা অমদি নুংঙাইবা মপুং ফানা ফংদ্রিঙৈদা তাঞ্জা অদুদা অঙকপা মশক ওইরবা শজিলাবা অদুবু পাণ্ডুনা তেন্না থাদুনা হাৎখি ॥৭৮॥ মতম অদুদা শজিগী মশক লৌরম্বা মুনি অদুনা তেন্না পাল্লবা কান্দা পাণ্ডুদা হায়খি— নিংথৌ! নং নশামক কামরস মহাওবু খংলিবা নিপা অমনি; অদু খংনা অধর্ম্ম তৌদুনা কামগী শান্নবা অদুগী নুংঙাইবমু অমদি অপেনববু মপুংফানা ফংদ্রিঙৈদা তেন্না থাদুনা ঐবু হাৎলে, অদুনা নংসু নোংমা ঐগুম্বা কাম সুখবু মপুংফানা ফংদ্রিঙৈদা খুদক্তা নথবাই থাবা ওইগনি ॥৭৯॥ অদুদগী পাণ্ডুসু মথন্নাই নুংঙাইতদুনা শাপ অদু কিবনা নোংমতসু ভার্য্যা অনি অদুগী নাক্তা চংলুদ্রে। অদুগী মতুংদা নোংমা কুন্তীগী মনাক্তা চংদুনা হায়খি — কুন্তী! তুংদা অসি থোক্লকনি হায়বা খংহৌদদুনা হৌজিক্তা অৱাবা ফংলি; অদুগা মচাবু পোক্তবদা গৃহস্থগী লাম্ননবা গতি অমা লেত্রে হায়নসু তাই। অদুনা নং ঐগী ইচা পোকহল্লু ॥ ৮০—৮১ ॥ পাণ্ডুনা অসুম হায়রবদা কুন্তীগী মচা নিপা অহুম পোকখি:—

তাং হৃষ্টরূপঃ পাণ্ডুরুবাচ—'ইয়ং তে সপত্নানপত্যা, সাধ্বস্যামপত্যমুৎপাদ্যতাম্' ইতি ॥৮৩॥
এবমস্ত্বিতি কুন্তী তাং বিদ্যাং মাদ্র্যাঃ প্রাযচ্ছৎ ॥ ৮৪ ॥
মাদ্র্যামশ্বিভ্যাং নকুলসহদেবাবুৎপাদিতৌ ॥৮৫॥
মাদ্রীং স্বলঙ্কৃতাং দৃষ্ট্বা পাণ্ডুর্ভাবং চক্রে ॥ ৮৬॥
স তাং স্পৃষ্ট্বৈব বিদেহত্বং প্রাপ্তঃ ॥ ৮৭॥
ততৈ্রনং চিতাগ্নিস্থং মাদ্রী সমন্বারুরোহ, উবাচ চ কুন্তীম্ 'যময়োরার্যয়াঽপ্রমত্তয়া ভবিতব্যম্'ইতি ॥৮৮॥
ততস্তে পঞ্চ পাণ্ডবাঃ কুন্ত্যা সহিতা হাস্তিনপুরমানীয় তাপসৈর্ভীষ্মস্য বিদুরস্য চ নিবেদিতাঃ ॥৮৯॥
সর্ববর্ণানাঞ্চ নিবেদ্যান্তর্হিতাস্তাপসা বভূবুঃ প্রেক্ষমাণানাং তেষাম্ ॥৯০॥
তচ্চ বাক্যমুপশ্রুত্য ভগবতামন্তরিক্ষাৎ পুষ্পবৃষ্টিঃ পপাত, দেবদুন্দুভয়শ্চ প্রণেদুঃ ॥৯১॥
প্রতিগৃহীতাশ্চ পাণ্ডবাঃ পিতুর্নিধনমাবেদয়ন্তস্তস্যৌর্দ্ধদৈহিকং ন্যায়তঃ কৃতবন্তঃ ॥৯২॥
তাংস্তত্র নিবসতঃ পাণ্ডবান্ বাল্যাৎপ্রভৃতি দুর্য্যোধনো নামর্ষয়ৎ ॥৯৩॥
পাপাচারো রাক্ষসীং বুদ্ধিমাশ্রিত্য নৈকৈরুপায়ৈরুদ্ধর্ত্তুঞ্চ ব্যবসিতঃ ॥৯৪॥

---

ধর্ম্মদগী যুধিষ্ঠির, বায়ুদগী ভীমসেন অমসুং ইন্দ্রদগী অর্জ্জুন পোকখি ॥৮২॥ পাণ্ডুনা পেনখ্রদুনা কুন্তীদা অমুক হায়রকই— 'নংগী ননাও সুপী মাদ্রীসিগীদি মচা অমতা লৈজরি, অদুনা নংনা হৈবা মন্ত্র অদুনা মাগীসু মচা পোকহল্লু" ॥৮৩॥ "য়াম্না ফনি মহারাজ" অসুম হায়দুনা কুন্তীনা মহাক্কী মন্ত্র অদু মাদ্রীদা তম্বিখি ॥৮৪॥ অশ্বিনীকুমার অনি লাক্লুনা মাদ্রীগী গর্ভদা নকুল, সহদেব কৌবা মচা নিপা অনি পোকপিরম্মি ॥৮৫॥ অমগী মতুংদা নোংম ফীজেৎ লৈতোম্রবী, কে-না লৈরবী মাদ্রীবু উবদা পাণ্ডুনা মাগা উনগে হায়না থল্লুবে ॥৮৬॥ পাণ্ডুনা মাদ্রীগী মশা হেক শোকউবদা থুদক্তা মথরাই থাখি ॥৮৭॥

পাণ্ডুবু সংস্কারগী দমক শীংথক্তা থাঙ্গৎলবা কালদা মাদ্রীনা মপুরোইবগা লেয়ননা সতী ওইদুনা শিমিন্নখ্রগে খন্দুনা মচেম কুন্তীদা হায়খি— "ইচে ইবেম্মা! নকুল, সহদেব অনিদু চেকশিননা লুনা য়োকপিযুকো" ॥৮৮॥ অদুগী মতুংদা তপস্বীশিংনা কুন্তীগা লোয়ননা পাণ্ডুগী মচা মঙাদু হস্তিনাপুর তাম্না পুখিদুনা ভীষ্ম অমদি বিদুরগী মফমদা ব্বা পুমনমক তমখি ॥৮৯॥ মফম অদুদা লৈরম্বা মী পুম্নমক্তা থোকখিবা থৌদোক পুমনমক অদু তম্লমলগা তপস্বীশিং অদু চৎখি; হস্তিনাপুরদা লৈবা মী পুমনমকনা পাণ্ডুগী মচাশিং অমবু লাক লাকতুনা য়েংলম্মি ॥৯০॥ তপস্বীশিংগী ব্বা অম তাবদা— অতিয়াদগী লৈগী নোং চুথখি, দেবলোকতগী দেবতাশিংগী দুন্দুভিগী খোঙ্গেল তাখি ॥৯১॥ ভীষ্মনচিং-বনা থোইদোকনা তরাম তরাম লুনা তৌদুনা পাণ্ডুগী মচাশিং অমবু লৌশিন্দুনা থমখি। অমগী মতুংদা পাণ্ডবশিংনা মপা শিবগী পাও অদু তশেংনা তম্লবা কালদা নিয়ম কায়দনা পাণ্ডুগী শ্রাদ্ধকর্ম্মনচিংবা— তৌখি ॥৯২॥ দুর্য্যোধননা অঙাং ওইরিঙৈদগী হোৌনা মফম অদুদা লৈজরিবা পাণ্ডু-মচাশিংবু য়াম্না ক-ন্নকপা য়েংথিবা হৌরকলে ॥৯৩॥ পাপকী থবক্ত। তৌরবা দুর্য্যোধননা হিংচাবগুমনা, হিংসাগী ব্বাখন্তা তৌ-দুনা, মখল মখল অয়াম্বা উপায়না পাণ্ডবশিংগী মাংননবা অমদি হাৎননবতা থৌরাং তৌবা হৌরক্রে ॥৯৪॥

অবিদ্যাচ্চার্থস্ত ত শকিতাস্তে সমুদ্ধর্ত্তুম্ ॥৯৫॥
ততশ্চ ধৃতরাষ্ট্রেণ ব্যাজেন বারণাবতমনুপ্রেষিতা গমনময়োচয়ন্ ॥৯৬॥
তত্রাপি জতুগৃহে দগ্ধুং সমারব্ধা ন শকিতা বিদুরমন্ত্রিতেন ॥৯৭॥
তস্মাচ্চ হিড়িম্বমন্তরা হত্বা একচক্রাং গতাঃ ॥৯৮॥
তস্যামপ্যেকচক্রায়াং বকং নাম রাক্ষসং হত্বা পাঞ্চালনগরমধিগতাঃ ॥৯৯॥
তত্র দ্রৌপদীং ভার্য্যামবিন্দন্ স্ববিষয়ঞ্চাভিজগ্মুঃ কুশলিনঃ ॥১০০॥
পুত্রাংশ্চোৎপাদয়ামাসুঃ—প্রতিবিন্ধ্যং যুধিষ্ঠিরঃ, সুতসোমং বৃকোদরঃ, শ্রুতকীর্ত্তিমর্জ্জুনঃ শতানীকং
নকুলঃ, শ্রুতকর্ম্মাণং সহদেব ইতি ॥১০১॥
যুধিষ্ঠিরস্তু গোবাসনস্য শৈব্যস্য দেবিকাং নাম কন্যাং স্বয়ংবরাং লেভে, তস্যাং পুত্রং
জনয়ামাস যৌধেয়ং নাম ॥১০২॥
ভীমসেনোঽপি কাশ্যাং বলধরাং নামোপযেমে বীর্য্যশুল্কাম্, তস্যাং পুত্রং
সর্ব্বগং নামোৎপাদয়ামাস ॥১০৩॥
অর্জ্জুনঃ খলু দ্বারবতীং গত্বা ভগিনীং বাসুদেবস্য সুভদ্রাং নাম ভদ্রভাষিণীং ভার্য্যামুদবহৎ,
স্ববিষয়ঞ্চাভ্যাজগাম কুশলী, তস্যাং পুত্রমভিমন্যুং নামাতীবগুণসম্পন্নং দয়িতং বাসুদেবস্যাজনয়ৎ ॥১০৪॥

---

অদুবু পাণ্ডবশিংনা শোধদনা লৈবাক ফংগনি খন্দুনা দুর্য্যোধননা মখোয়বু মাংহনবা অমদি তাম্নোকপা ওমখিদে ॥৯৫॥ অদুগী মতুংদা নমথাক তৌদুনা ধৃতরাষ্ট্রনা পাণ্ডবশিংবু বারণাবততা থাহনা মফম অদুদা লৈহন্ননবা শীল-লাংখি, পাণ্ডবশিংনসু মফম অদুদা চৎকে হায়না যাখ্রে ॥৯৬॥ দুর্য্যোধন-না মফম অদুদসু অমুক চাগী যুম শাদুনা, মাদুগী মন্নুংদা লৈহল্লগা মখোযবু মৈ থাগনা হাৎননবগী—হোৎনখি; অদুবু পাণ্ডবশিংনা বিদুরগী পাওতাক মতুংইন্না থবক তৌখিবনা দুর্য্যোধননা মখোযবু মৈদা থাবা ওমখিদে ॥৯৭॥ পাণ্ডবশিংনা মফম অদুদগী চেনখিদুনা লম্বীদা হিড়িম্ব কৌবা হিংচাববু হাৎলম-লগা একচক্র কৌবা লম অমদা থুংখি ।৯৮॥ একচক্র কৌবা দেশ অদুদা লৈরিঙৈদা বক কৌবা হিংচাবা অমবু হাৎলবা তুংদা পাঞ্চাল নগর তান্না চৎখি ।৯৯॥ মফম অদুদা মখোয়না পাঞ্চালগী নিংথৌগী মচানুপী দ্রৌপদীবু ভার্য্যা ওইনা ফংখি, অদুদগী য়ামনা নুঙাইনা অমদি মঙ্গল ওইদুনা মরৈবাকতা হল্লকখি ॥১০০॥ অদুগী মতুংদা পাণ্ডব মঙাগী মচানিপা মঙা দ্রৌপদীগী গর্ভদগী পোকখি যুধিষ্ঠিরগী প্রতিবিন্ধ্য, ভীমগী সুতসোম, অর্জ্জুনগী শ্রুতকীর্ত্তি, নকুলগী শতানীক, অদুগা সহদেবগী শ্রুতকর্ম্ম কৌবা মচা মমং মথং পোকখি ॥১০১॥ যুধিষ্ঠিরনা শিবিবংশগী "গোবাসন" কৌবা নিংথৌগী মচানুপী দেবিকা কৌবীবু স্বয়ম্বরদা ফংখি, মাগী গর্ভদা "যৌধেয়" কৌবা মচানিপা অমা পোকখি ॥১০২॥ ভীমসেননা কাশীরাজগী মচানুপী বলধরাবু লান্দা জয় তৌরবা তুংদা লুহোংদুনা লৌই; মাগী গর্ভদা "সর্বগ" কৌবা মচানিপা অমা পোকখি ॥১০৩॥

অর্জ্জুননা দ্বারকাদা চত্লনা শ্রীকৃষ্ণগী নিংখিজরবী, য়াঙাং থুল্লবী মচন নুপী সুভদ্রাবু লুহোংদুনা লৌখি; মফম অদুদা নুংঙাই য়াইফনা মতম খরদং লৈরম্লগা মরৈপাক্তা হল্লকখি; অদুগী তুংদা সুভদ্রাগী গর্ভদা অর্জ্জুনগী মচা নিপা অমা পোকখি, মাগী মমিং অভিমন্যু কৌই। অভিমন্যু অসিবু শ্রীকৃষ্ণনা

নকুলস্তু চৈদ্যাং করেণুমতীং নাম কন্যামুদাবহৎ, তস্যাং পুত্রং নিরমিত্রং নামাজনয়ৎ ॥ ১০৫॥
সহদেবোঽপি মাদ্রীমেব স্বয়ংবরে বিজয়াং নামোপযেমে মদ্ররাজস্য দ্যুতিমতো দুহিতরম্,
তস্যাং পুত্রমজনয়ৎ সুহোত্রং নাম॥১০৬॥
ভীমসেনস্তু পূর্বমেব রাক্ষসং ঘটোৎকচং পুত্রং হিড়িম্বায়ামুৎপাদয়ামাস ॥ ১০৭॥
ইত্যেতে একাদশ পাণ্ডবানাং পুত্রাঃ। তেষাং বংশকরোঽভিমন্যুঃ ॥১০৮॥
স বিরাটস্য দুহিতরমুপযেমে উত্তরাং নাম ॥১০৯॥
তস্যামস্য পরাসুর্গর্ভোঽভবৎ ॥১১০॥
তমুৎসঙ্গেন প্রতিজগ্রাহ পৃথা নিয়োগাৎ পুরুষোত্তমস্য বাসুদেবস্য ষাণ্মাসিকং গর্ভমহমেনং জীবয়িষ্যামীতি ॥১১১॥
স ভগবতা বাসুদেবেনাসঞ্জাতবলবীর্যপরাক্রমোঽকালজাতোঽস্ত্রাগ্নিনা দগ্ধস্তেজসা স্বেন সঞ্জীবিতঃ ॥১১২॥
সঞ্জীবয়িত্বা চৈনমুবাচ 'পরিক্ষীণে কুলে জাতো ভবত্বয়ং পরিক্ষিন্নাম' ইতি ॥১১৩॥
পরিক্ষিৎ খলু মাদ্রবতীং নামোপযেমে ত্বন্মাতরম্। তস্যাং ভবান্ জজ্ঞে জনমেজয়ঃ ॥১১৪॥
ভবতোঽপি বপুষ্টমায়াং দ্বৌ পুত্রৌ জজ্ঞাতে শতানীকঃ শঙ্কুশ্চ ॥১১৫॥
শতানীকস্য বৈদেহ্যাং পুত্র উৎপন্নোঽশ্বমেধদত্ত ইতি ॥১১৬॥

---

য়াম্না সুংশিনা লুনা তৌরম্মি, অদুগা য়াম্নম্ব মগুণ লৈরম্মি ॥ ১০৪ ॥ নকুলনা চেদী নিংথৌগী মচা মুপী করেণুমতী বু লুহোংখি, অমদি মাগী গর্ভদা "নিরমিত্র" কৌবা মচা নিপা অমা পোকখি ॥ ১০৫ ॥ সহদেবনা মদ্র দেশগী নিংথৌ দ্যুতিমানগী মচা মুপী বিজয়াবু স্বয়ম্বরদা ফংদুনা লুহোংখি; মাগী গর্ভদগী সহদেবগী মচা নিপা অমা পোকখি, মাগী মমিং "সুহোত্র" কৌই। ১০৬ ॥ অদুগা ইহান হানবদা হিংচাবী হিড়ম্বীগী গর্ভদা ভীমসেনগী মচা নিপা "ঘটোৎকচ" হায়বা অমা পোকখি ॥ ১০৭॥ মতৌ অসুমা পাণ্ডবশিংগী মচা তরামাথোই পোকখি; মখোয়গী মনুংদা অভিমন্যুতনা শাগৈ মুৎহৌদনবা পিবা ওইখি ॥ ১০৮॥ মহাক্না বিরাট নিংথৌগী মচা মুপী "উত্তরা" কৌবীবু লুহোংখি॥ ১০৯॥ অভিমন্যুগী ঔরসদগী উত্তরাগী গর্ভদা মচা অমা পুখিবা অদু থা তকক শুবদা অশীবগুম পোকখি॥ ১১০॥ পুরুষ অথোইবা শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি — "ঐ" থা তরুক্কী অঙাং অসে হিংহনগে, অদুনা মাবু তম্পাক্তা লৌখত্তুনা কোনবীয়ু" শ্রীকৃষ্ণগী ৱা ভাবদা কুন্তীনা অঙাং অদুবু লৌখত্তুনা মতম্পাক্ত কোল্লি ॥ ১১১ ॥

অঙাং অসি মতম চাদনা, থা শুদনা পোকপনা কুচু কুমেন মপাঙ্গল করিমত্তা য়াওরমদে। অদুগা অশ্বত্থামাগী খুৎলাইগী মৈনা চাকথেকলুরবনি; মতম অহদা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী মগুণনা অঙাং অদুবু হিংহল-খিবনি ॥১১২॥ অদুগা হিংহল্লবাতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি— "কুরুশাগৈ তুম্না মুৎশ্রবা তুংদা পোকপনা অঙাং অসিগী মমিং পরিক্ষিৎ অসুম হায়না কৌরসনু" ॥ ১১৩ ॥ মহারাজ! নগাবুং মহারাজ পরি-ক্ষিৎনা মাদ্রবতী কৌবিবু লৌদুনা মহারানী গর্ভদা মহারাজ পোকখিবনি ॥১১৪॥ হৌজিক্তি মহারাজগী ভার্য্যা "বপুষ্টমা"গী গর্ভদা মহারাজগী শতানীক অমদি শঙ্কু কৌবা নচা ইবুঙো অনি পোক্লেজো ॥১১৫॥ বিদেহ নিংথৌগী মচানুপীগী গর্ভদা শতানীকগীসু অশ্বমেধদত্ত কৌবা মচানিপা অমা পোক্লবা

এস পূর্ব্বার্বংশঃ পাণ্ডবানাঞ্চ কীর্ত্তিতো ধন্যঃ পুণ্যঃ পরমপবিত্রঃ সততং শ্রোতব্যো ব্রাহ্মণৈর্নিয়মবদ্ভিরনসূয়ং ক্ষত্রিয়ৈঃ স্বধর্ম্মনিরতৈঃ প্রজা পালনতৎপরৈঃ, বৈশ্যৈরপি চ শ্রোতব্যোঽধিগম্যশ্চ, তথা শূদ্রৈরপি ত্রিবর্ণশুশ্রূষুভিঃ শ্রদ্দধানৈরিতি ।।১১৭।।

ইতিহাসমিমং পুণ্যমশেষতঃ শ্রাবয়িষ্যন্তি যে ব্রাহ্মণাঃ শ্রোষ্যন্তি বা নিয়তাত্মানো বিমৎসরা মৈত্রা বেদপরাস্তেঽপি স্বর্গাজিতঃ পুণ্যভাজো ভবন্তি, সততং দেবব্রাহ্মণমনুষ্যাণাং মান্যাঃ সম্পূজ্যাশ্চ ।।১১৮।।

পরং হীদং ভারতং ভগবতা ব্যাসেন প্রোক্তং যে ব্রাহ্মণাদয়ো বর্ণাঃ শ্রদ্দধানা অমৎসরা বেদব্রতসম্পন্নাঃ শ্রোষ্যন্তি, তেঽপি স্বর্গজিতঃ সুকৃতিনোঽশোচ্যাঃ কৃতাকৃতে ভবন্তি ।।১১৯।।

ভবতি চাত্র শ্লোকঃ ।।১২০।।

ইদং হি বেদৈঃ সমিতং পবিত্রমপি চোত্তমম্। স্বর্গং যশস্যমায়ুষ্যং শ্রোতব্যং নিয়তাত্মভিঃ ।।১২১।।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি সম্ভবে পূরুবংশানুকীর্ত্তনং নাম নবতিতমোঽধ্যায়ঃ ।।০।।

———:(*):———

সিনিদে ॥ ১১৬ ॥ মহারাজ! মহারাজগী মফমদা পুরুবংশগী অমদি পাণ্ডবশিংগী বংশ পরম্পরা লীজরবনি, মাসে সম্পত্তি অমদি পুণ্য পীনহৈবরা অমদি পোইদোক্পা শেংলবা ব্রাবীনি। মরম অদুনা ব্রহ্মচার্য্য নচিংবা নিয়ম ভাক্লবা ব্রাহ্মণশিংনা, মাগী মাগী ধর্ম্মদা পুক্নিং চংলবা অমদি প্রজা-য়োকপদা থৱাই যাওবরা ক্ষত্রিয়শিংনা অদুগা বৈশ্যশিংনসু মতম অযাম্বদা তাগদবনি অদুগা অর্থসু খংগদবনি। অদুগা দ্বিজাতিশিংগী সেবাদা পুক্নিং চংলবা শূদ্রশিংনসু ধর্ম্মবু থাজদুনা পুক্নিং চংনা মাসিবু তাগদবনি ॥১১৭॥

পুক্নিং অনি লোংদনা, কল্লক যেংথিবা যাওদনা, জীব পূম্ববু মুংশিবিদুনা অমদি দেবতাশিংবু থাজনা ব্রাহ্মণশিংনা মাসিবু অতৈদা তাহনগদবনি অমদি তাগদবনি, অদুদগীদি পুণ্যচেনবা ওইদুনা স্বর্গ ফংগনি, অদুগা দেব, ব্রাহ্মণ অমসুং মা পুম্বগী মফমদা ইকাই খুম্নফম ওইগনি ॥১১৮॥ অদুগুম্বা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয় অমদি বৈশ্যশিংনা ধর্ম্মবু থাজদুনা মীচং মিগাই নাইবা অমদি কল্লক যেংথিবা পুমনমক থাদোক্তুনা, বেদপাঠ অদুগা ব্রত উপসানাদা পুক্নিং চংনা ভগবান ব্যাসনা লেংবা ইতিহাস অসিবু তারিবা মখোয়শিং অদু পুণ্য চেনবা হায়বদু ওইদুনা স্বর্গবু ফংগনি, পাপ তৌকবসু থোইনা কিফম লৈতে, পুণ্য কর্ম্ম অমা তৌকদ্রবসু থোইনা অমাংবা লৈত্রে ।।১১৯।। মাসিগী মরমদা শ্লোক অমা প্রমাণ ওইনা লৈরি; দাদুগী অর্থদিঃ—

"মহাভারত কৌবা পুরাণসে; বেদ মবিগুম অশেংবনি। স্বর্গ পুনশি মিংচৎ পুম্বা, পীনহৈবা মহাপুরাণনি। থৱাই হকচাং'মতা ওইনা মাসিবু তত্তনা তাগদবনি" ।।১২১।।

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা সম্ভবতা "পুরুবংশানুকীর্ত্তন কৌবা মরিফুতরা গুবা অধ্যায় লোইরে।।

———:০:———

# শ্রীমহাভারতম্

## আদিপর্ব—সম্ভবে মহাভিষোপাখ্যানং

(মরিফুত্তরামাথোই শুবা অধ্যায়)

——:(*):——

বৈশম্পায়ন উবচ।

ইক্ষ্বাকুবংশপ্রভবো রাজাসীৎ পৃথিবীপতিঃ। মহাভিষ ইতি খ্যাতঃ সত্যবাক্ সত্যবিক্রমঃ ॥১॥
সোঽশ্বমেধসহস্রেণ রাজসূয়শতেন চ। তোষয়ামাস দেবেশং স্বর্গং লেভে ততঃ প্রভুঃ ॥২॥
ততঃ কদাচিদ্ব্রহ্মাণমুপাসাঞ্চক্রিরে সুরাঃ। তত্র রাজর্ষয়ো হ্যাসন্ স চ রাজা মহাভিষঃ ॥৩॥
অথ গঙ্গা সরিচ্ছ্রেষ্ঠা সমুপায়াৎ পিতামহম্। তস্যা বাসঃ সমুদ্ধূতং মারুতেন শশিপ্রভম্ ॥৪॥
ততোঽভবন্ সুরগণাঃ সহসাবাঙ্মুখাস্তদা। মহাভিষস্তু রাজর্ষিরশঙ্কো দৃষ্টবান্নদীম্ ॥৫॥
সোঽপধ্যাতো ভগবতা ব্রহ্মণা তু মহাভিষঃ। উক্তশ্চ জাতো মর্ত্যেষু পুনর্লোকানবাপ্স্যসি ॥৬॥
স চিন্তয়িত্বা নৃপতির্নৃপান সর্বাংস্তপোধনান্। প্রতীপং রোচয়ামাস পিতরং ভূরিবর্চসম্ ॥৭॥
মহাভিষন্তু তং দৃষ্ট্বা নদী ধৈর্য্যাচ্চ্যুতং নৃপম। তমেব মনসা ধ্যায়ন্ত্যুপাবর্ত্তৎ সরিদ্বরা ॥৮॥
সা তু বিধ্বস্তবপুষঃ কশ্মলাভিহতান্ নৃপ! দদর্শ পথি গচ্ছন্তী বসূন্ দেবান্ দিবৌকসঃ ॥৯॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়খি— প্রজাবু পেলহনবা অচুম্বা ভাংবা অমদি থাংগৈশেংনা মপাঙ্গল মথৌনা লৈবা "মহাভিষ" কৌবা ইক্ষ্বাকুবংশগী নিংথৌ অমা পাল্লম্মি ॥ ১ ॥ মহাক্না অশ্বমেধ রাজসূয যজ্ঞ যাম্না তৌরমঙ্কনা দেবরাজ ইন্দ্রবু পেলহল্লম্মি অদুগী মতুংদা স্বর্গ ফংখি ॥২॥ অদুগী মতুংদা নোংমা দেবতাশিংনা চত্তুনা ব্রহ্মাদা লৈশিলৈথোম্না হাযজরকই। মতম অসিদা অতোপ অতোপ্পা রাজর্ষিশিংসু যাম্না লৈবম্মি অদুগা মহাভিষ কৌবা নিংথৌ অসিসু য়াওরম্মি ॥ ৩ ॥ অদুগী মতুংদা গঙ্গা নদীসু মূর্ত্তি নাইনা ব্রহ্মাগী নাক্তা থুংঙ্ই; মতম অদুদা বায়ুনা লাক্তুনা গঙ্গাগী থাগী মচু মাল্লবা পাররা ফীজোল অহু হকচাংগী অথুপ্পা মফমদগী হাইদোকখি ॥৪॥ মতম অদুদা দেবতা পুমনমক ইকায়বনা মক লুক্তুনা লৈরম্মি। মহাভিষ কৌবা নিংথৌদি গঙ্গাদা করিমতা ইকাইবা অমদি নিংঙাইবা লৈত্তনা মুম্না য়েংইনা লৈরম্মি ॥৫॥ মাদুদা ভগবান্ ব্রহ্মানা মহাভিষ কৌবা নিংথৌদা শাপ তৌরম্মি— নংদি হৌজিমক মর্ত্যলোকতা চত্তুনা পোকলুরগদবনি, অদুগা অমুক স্বর্গদা লাকপা য়াগনি ॥৬॥ মতম অদুদা নিংথৌ মহাভিষনা মর্ত্ত্যলোকতা লৈরিবা তপস্যাকল্লবা নিংথৌ পুমনমকপু খল্লুরগা, থোইদোক্না তপস্যা বল্লবা প্রতীপ কৌবা নিংথৌবু মপা ওইনা পোকলুরগে হায়না খল্লকই ॥৭॥ তুরেন অথোইবী গঙ্গানা য়ামনা মথৱাই সুংঙাইতনা মপুক্লিংদা তপথবা লৈত্রবা নিংথৌ মহাভিষবু খন্না খন্না ব্রহ্মলোকতগী চৎখি ॥৮॥ মহারাজ! অসুম মহাক্না লম্বীদা চৎলিঙৈদা স্বর্গদা লৈব দেবতা বসুশিংনা জ্ঞান তাদনা লৈমাইথক্তা তারকপদু উখি ॥৯॥

তথারূপাংশ্চ তান্ দৃষ্ট্বা পপ্রচ্ছ সরিতাং বরা। কিমিদং নষ্টরূপাঃ স্থ কচ্চিৎ ক্ষেমং দিবৌকসাম্ ॥১০॥
তামূচুর্বসবো দেবাঃ শপ্তাঃ স্মো বৈ মহানদি। অল্পেঽপরাধে সংরম্ভাদ্বশিষ্ঠেন মহাত্মনা ॥১১॥
বিমূঢ়া হি বয়ং সর্বে প্রচ্ছন্নমৃষিসত্তমম্। সন্ধ্যাং বশিষ্ঠমাসীনং সমেত্যাভিসৃতাঃ পুরা ॥১২॥
তেন কোপাদ্বয়ং শপ্তা যোনৌ সম্ভবতেতি হ। ন শক্যমন্যথা কর্ত্তুং যদুক্তং ব্রহ্মবাদিনা ॥১৩॥
ত্বমস্মান্ মানুষী ভূত্বা সৃজ পুত্রান্ বসূন্ ভুবি। ন মানুষীণাং জঠরং প্রবিশেম বয়ং শুভে ॥১৪॥
ইত্যুক্তা তৈশ্চ বসুভিস্তথেত্যুক্ত্বাঽব্রবীদিদম্।

গঙ্গোবাচ।

মর্ত্যেষু পুরুষব্যাঘ্রাঃ! কো বঃ কর্ত্তা ভবিষ্যতি ॥১৫॥

বসব ঊচুঃ।

প্রতীপস্য সুতো রাজা শন্তনুর্লোকবিশ্রুতঃ ভবিতা মানুষে লোকে স নঃ কর্ত্তা ভবিষ্যতি ॥১৬॥

গঙ্গোবাচ।

মমাপ্যেবং মতং দেবা যথা মাং বদতানঘাঃ! প্রিয়ং তস্য চিকীর্ষামি যুষ্মাকঞ্চৈতদীপ্সিতম্ ॥১৭॥

বসব ঊচুঃ।

জাতান্ কুমারান্ স্বানপ্সু প্রক্ষেপ্তুং বৈ ত্বমর্হসি। যথা ন চিরকালাস্মো নিষ্কৃতিঃ স্যাৎ ত্রিলোকগে! ॥১৮॥

---

মহাকনা মখোযদা হংখি— নখোয পূমনমক ওসি অত্থুক ফজবা নশক-নতৌ পূমনমক মাংখিদুনা লৈরিবা করিগীনো? নখোযদি বসু কৌবা দেবতাশিং মক্তুনি, ময়ামগী মঙ্গলদি ওইরিদনকো? ॥১০॥ মতম অদুদা বসুশিংনা গঙ্গাদা হায়খি— গঙ্গাদেবী! ঐখোযনা থজিক্তুং লাহুবদা বশিষ্ঠ মুনিনা ঐখোয়দা শাপ তৌবিবকলে ॥১১॥ বশিষ্ঠ অদু সন্ধ্যা তর্পন তৌগে হাযদুনা অচৌকপা মফম অমদা ফমদুনা লৈরম্মি, মতম অদুদা ঐখোয়না ব্বাখল অমবোমদা স্নম চৎখিদুনা মহাককী মনাক যৌব ফাওবা মহাকপু হেক খুরুম্মুদনা মহাকপু লাম্থোকতুনা চৎলুবে ॥১২॥ তৌকবা অপরাধ অসিদা শাওশিদুনা বশিষ্ঠনা ঐখোযদা "নখোয়সি মর্ত্ত্যলোককী মীওইবগী যোনিদা চংদুনা পোকউরো" অস্তুম হাযনা শাপ তৌবিরকলে, অদুনা বেদবাদী ওইবা বশিষ্ঠনা হাযখিবা অদুদি ঐখোযনা ওন্থোকপা ঙম্বা নত্ত্রেদো ॥ ১৩ ॥ অদুনা হে লাইরেম্বী! নংনা মর্ত্ত্যলোকতা চৎতুনা মীওইনা পোক্লদুনা ঐখোযবু নচা ওইনা পোকপিরম্মু; ঐখোয় মীওইবগী যোনিদা চংদুনা অমুক পোকলগে ॥১৪॥ বসুশিংগী ব্বা তাবদা "ফরে অদু মডায়রে" হায়দুনা গঙ্গানা অমুক মখোয়দা হাযরকই— হে অখোইবা মহাপুরুষ পূমনমক! মর্ত্ত্যলোকতা চৎলগা নখোয়গী পিতাদি কনানা ওইরুগদৌরিব্বা? ॥১৫॥ বসুশিংনা হায়খি— প্রতীপ কৌবা নিংথৌগী মচা শান্তনু হায়বদু অগত্তা ফাওরবা নিংথৌ অমা ওইরগনি, মহাক্তনা ঐখোয়গী ইপা ওইগদবনি ॥১৬॥ গঙ্গানা হায়খি— হে পাপ চেন্দ্রবা দেবতা পূমনমক! নখোয়না হায়রিবদো ঐ যানিংলে; ঐসু মহাককী পেম্নবা তৌরগে হায়না খল্লিবনি; নখোয়নসু মাত্ত পাংলে ॥১৭॥

বসুশিংনা হায়খি — হে গঙ্গা দেবী! নহাক্না নচাশিং অদু পোক্ল-পোক্লগা ইশিংদা হেক হেক

গঙ্গোবাচ ।

এবমেতৎ করিষ্যামি পুত্রস্তস্য বিধিয়তাম্ । নাস্য মোঘঃ সঙ্গমঃ স্যাৎ পুত্রহেতোর্ময়া সহ ।।১৯।।

বসব উচুঃ ।

তুরীয়ার্দ্ধং প্রদাস্যামো বীর্য্যস্যৈকৈকশো বয়ম্ । তেন বীর্য্যেণ পুত্রস্তে ভবিতা তস্য চেপ্সিতঃ ।।২০।।

ন সম্পৎস্যতি মর্ত্ত্যেষু পুনস্তস্য তু সন্ততিঃ । তস্মাদপুত্রঃ পুত্রস্তে ভবিষ্যতি স বীর্য্যবান ।।২১।।

এবং তে সময়ং কৃত্বা গঙ্গয়া বসবঃ সহ । জগ্মুঃ প্রহৃষ্টমনসো যথাসঙ্কল্পমঞ্জসা ।।২২।।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

সম্ভবে মহাভিষোপাখ্যানং নামৈকনবতিতমোহধ্যায়ঃ ।।০।।

—০ৎ০—

থাদখিগদবনি ; অদুতদা ঐখোযগী অরানবা ওইগনি ।।১৮।। গঙ্গানা হাযখি —ঐনা নখোযনা হাযরিবত্নমক তৌগনি ; অদুদা নখোযনা শান্তনুগী মচা অমতংদি লৈহৌনবা তৌবিযু, মাতুদা মচা ফংননবগী দমক মহাক্না ঐগা তিন্নজবগী মহৈ অদু অবেস্নদা মাংবা থদ ওইবোই ।।১৯।। বসুশিংনা হাযখি — ঐখোয় খুদিংমকী তেজ অমমমগা শরুক নিপালগী শবক অমমন দান তৌগনি। অদুদগী মপুং ফাবা তেজ অদুনা শান্তনুগী নিবাস্থ থুংবা নচা অমা পোক্কনি ।।২০।।
অদুগা মর্ত্ত্যলোকতা নংগী নচা নিপা অদু মচা অমতা পোল্লোই। মরম অদুনা নংগী নচা নিপা অদো মচা পোক্কেদি হাযবনু যাম্না মপাঙ্গল কনবা অমা শোযদনা ওইগনি ॥ ২১ ॥ বসুশিংনা গঙ্গাগা অসুম্না নিযম তৌনহনা পুক্নিং মুংওইনা নীংবা মতুংইন্না থুনা চৎখ্রে ।।২২।।

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারতত্তা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদি পর্ব্বদা সম্ভবতা মহা ভিষোপাখ্যান কৌবা মবিফুতবামাথোই শুবা অধ্যায লোইবে ।।০

——(*——

# শ্রীমহাভারতম্।

## আদি পর্ব্ব— সম্ভবে ভীষ্মোৎপত্তির্নাম

(মরিফু তরানিথোইশুবা অধ্যায়ঃ)

——:(*):——

বৈশম্পায়ন উবাচ।

ততঃ প্রতীপো রাজা স সর্ব্বভূতহিতে রতঃ। নিষসাদ সমা বহ্বীর্গঙ্গাদ্বারগতো জপন্ ॥১॥

তস্য রূপগুণোপেতা গঙ্গা স্ত্রীরূপধারিণী। উত্তীর্য্য সলিলাত্তস্মাল্লোভনীয়তমাকৃতিঃ ॥২॥

অধীয়ানস্য রাজর্ষের্দিব্যরূপা মনস্বিনী। দক্ষিণং শালসঙ্কাশমূরুং ভেজে শুভাননা ॥৩॥

প্রতীপস্তু মহীপালস্তামুবাচ যশস্বিনীম্। করোমি কিন্তে কল্যাণি! প্রিয়ং যত্তেঽভিকাঙ্ক্ষিতম্ ॥৪॥

স্ত্র্যুবাচ।

ত্বামহং কাময়ে রাজন্! কুরুশ্রেষ্ঠ! ভজস্ব মাম। ত্যাগং কামবতীনাং হি স্ত্রীণাং সদ্ভির্বিগর্হিতঃ ॥৫॥

প্রতীপ উবাচ।

নাহং পরস্ত্রিয়ং কামাদ্গচ্ছেয়ং বরবর্ণিনি! ন চাসবর্ণাং কল্যাণি! ধর্ম্ম্যং তদ্ধি ব্রতং মম ॥৬॥

স্ত্র্যুবাচ।

নাশ্রেয়স্যস্মি নাগম্যা ন বক্তব্যা চ কর্হিচিৎ। ভজন্তীং ভজ মাং রাজন্! দিব্যাং কন্যাং বরস্ত্রিয়ম্ ॥৭॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়খি— নিংথৌ প্রতীপনা মতম অদুদা গঙ্গাগী মপান্দা চত্না থব্রাই পানবা পুন্নমক্কী কানবদা খন্দুনা, মন্ত্র জপ তৌদুনা চহি মতম কুইনা লেল্লমই ॥১॥ মতম অদুদা গঙ্গা দেবীনা নিংথৌ অদুগী মতিক মগুণ মশক্তা শুন্দাংখিদুনা থোইদোকনা নিংথিজববী নুপী অমগী মশক লৌদুনা ঈশিং মন্নুংদগী চোংথোবক্তুনা মন্ত্র জপ তৌদুনা লৈরিবা নিংথৌ অদুগী চিংশুউ পাম্বীগী মতৌগুম্না বল্লবা নোয়রবা যেৎথংবা যৈগন্দা চংঙকতুনা ফমৈ॥২—৩॥ মতম অদুদা নিংথৌ প্রতীপনা মাঙোন্দা হায়খি— ইবেম্মা? নংগী অপাম্বা করিনো হায়য়ু, করিতৌ হায়বগে? ॥৪॥ নুপী মশক লৌরবী গঙ্গানা হায়রকই,—মহারাজ? ঐনা মহারাজগী মক্ষমদা হায়জবি; ঐগী নিংবা থুংহনবিয়ু। নিপাগা উননিংবী নুপীবু ইন্থোকপা হায়বশে সাধু মহাত্মা শিংনা নিন্দা তৌনৈ ॥৫॥ প্রতীপনা হায়খি— নিংথিজরবী? ঐদি করিগুম্বদা অতোপ্পগী নুপী নহাগা উনদ্রি, অদুগা জাৎ মান্নদবী কনাগুম্বীগী মকমদসু চংঙ্দ্রি; মাসি ঐগী লেংদ্রবা ধর্ম্মগী নিযমনি ॥৬॥ নুপীগী মশক লৌরবী গঙ্গানা হায়রকই— মহারাজ? ঐদি কত্ত্রবা লক্ষন তিনবী নুপীসু নত্তে অমনা চংমিংদ্রবা তোল্লবা জাৎতৌগী নুপীসু নত্তে, অদুগা করিগুম্বা হিরমদা নিন্দা তৌফম ইরৈ লৈত্রবীনি। অদুদগী হেন্দোকতুনা ঐদি স্বর্গদা লৈবিনি, জাৎতা— শক্তা অথোইবিনি, ইশামক কুমারী ওইরিবীনি অদুগা অমুকসু মহারাজবু পামজরিবীনি। মরম অদুনা ঐবু পেনহলবিয়ু ॥৭॥

প্রতীপ উবাচ।

মমাতিবৃত্তমেতত্তু যন্মাং চোদয়সি প্রিয়ম্। অন্যথা প্রতিপন্নং মাং নাশয়েদ্ধর্ম্মবিপ্লবঃ ॥৮॥
প্রাপ্য দক্ষিণমূরুং মে ত্বমাশ্লিষ্টা বরাঙ্গনে। অপত্যানাং স্নুষাণাঞ্চ ভীরু! বিদ্ধ্যেতদাসনম্ ॥৯॥
সব্যোরুঃ কামিনীভোগ্যস্ত্বয়া স চ বিবর্জ্জিতঃ। তস্মাদহং নাচরিষ্যে ত্বয়ি কামং বরাননে ॥১০॥
স্নুষা মে ভব কল্যাণি! পুত্রার্থে ত্বাং বৃণোম্যহম্। স্নুষাপক্ষং হি বামোরু! ত্বমাগম্য সমাশ্রিতা ॥১১॥

স্ত্র্যুবাচ।

এবমপ্যস্তু ধর্ম্মজ্ঞ! সংযুজ্যেয়ং সুতেন তে। ত্বদ্ভক্ত্যা তু ভজিষ্যামি প্রখ্যাতং ভারতং কুলম্ ॥১২॥
পৃথিব্যাং পার্থিবা যে চ তেষাং যূয়ং পরায়ণম্। গুণা নহি ময়া শক্যা বক্তুং বর্ষশতৈরপি।
কুলস্য যে বঃ প্রথিতাস্তৎসাধুত্বমথোত্তমম্ ॥১৩॥
সমায়ানহ ধর্ম্মজ্ঞ! আচরেয়ঞ্চ যদ্বিভো! তৎ সর্ব্বমেব পুত্রস্তে ন মীমাংসেত কর্হিচিৎ ॥১৪॥
এবং বসন্তী পুত্রে তে বর্দ্ধয়িষ্যাম্যহং প্রিয়ম্। পুত্রৈঃ পুণ্যৈঃ প্রিয়ৈশ্চাপি স্বর্গং প্রাপ্স্যতি তে সুতঃ ॥১৫॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

তথেত্যুক্তা তু সা রাজন্! তত্রৈবান্তরধীয়ত। পুত্রজন্ম প্রতীক্ষন্ বৈ স রাজা তদধারয়ৎ ॥১৬॥
এতস্মিন্নেব কালে তু প্রতীপঃ ক্ষত্রিয়র্ষভঃ। তপস্তেপে সুতস্যার্থে সভার্য্যঃ কুরুনন্দনঃ ॥১৭॥

---

প্রতীপনা হায়খি— নংগী অপাম্বা স্থওাইবা পাংথোকনবগী দমক ঐ৫োন্দা তক্লরি অমদি মীহৌ-হল্লি, মাদো ঐদি লাম্থোকতুনা লাক্লবনি, হৌজিকতি ঐ অতোপ্পা লম্বী অমদা চৎলি। অদুনা ধর্ম্মগী লম্বীদা অপনবা যৈগাযবা পিববদি থুদক্কা তুমক্লগনি ॥৮॥ নিংথিজরবী নংনা তুমিন্না চংশিল্লকতুনা যেৎ থংবা ফৈগলদা ফম্মবি, মাসিদি মচা মশুশিংগী অমদি মমৌশিংগী ফমফমনি ॥৯॥ নিপাগী ওইথংবা ফৈগলদি মহাককী মুপীতনা যগগদবনি, মতম্থ নহাকনা তৌদ্রে; মরম অদুনা ইমৌ শক্লবী নওোন্দা অপাম মুংশিগী থৰক তৌনিংদে ॥১০॥ ইবেম্মা! ঐগী ইমৌ ওইযু, ইচাগী দমক্কা নংবু হায়জরি; করিনা হায়ববু নংদি ইমৌশীংদস্থ চল্লবনি ॥১১॥ মুপীগী মশক ওইবিবী গঙ্গানা হায়রকই— মহারাজ! ফরে অদু মগাযরে, নচাগা উনজকগে, মহারাজগী মফমদা ভক্তিগা লোয়ননা ভরত শাংগেগী মৌগীশীং-দা চঙ্কবগে ॥১২॥ মহারাজ! পৃথিবীদা হৌজিক লৈবিবা নিংথৌ পুমনমককী মখুংদা মহারাজখোয-গী বংশতনা অথোইবা ওইনা লৈবি, মহারাজগোযগী নগুণবু চহি চামা ফাওবা শকতুনা লোইবা ঙমজ-রোই, অদুগা বংশ অসিদা পোকখিবা ফাউব-ফাওববা মীশিং অদুগী মরমচৎ ব্যবহারস্থ খন্নাইদগী অথোইবনি ॥১৩॥ মহারাজ! ঐনা করিগুম্বা অমতং ব্রাশকতুনা তৌগনি হায়রবদি মহারাজগী নচানা. করিগুম্বা মতমদা মাতুগী মরমদা অচুম চুযদগী বিচার থক তৌবা য়ারোই ॥১৪॥ ঐনা নচাগা লৈমিন্নতুনা মাগী মুণ্ডাইনবদা হোৎনবমগনি, মহাকস্থ মচা ফংজহনা শেংলবা অমদি নিংথিজরবা আচরন, ব্যবহারনা মরম ওইদুনা স্বর্গ ফংবা ওইগনি ॥১৫॥

বৈশম্পায়ননা হায়খি — মহারাজ! "ফরে অদুমক ওইরসনু" অম্বদা নিংথৌ প্রতীপনা হায়রবদা মুপীগী মশক লৌরম্বী গঙ্গাদু থংহোদনা মাংখি; অসোমদা নিংথৌ প্রতীপস্থ মচা পোকপা ভায়দুনা গঙ্গানা হায়রম্বা বাদু, তত্তনা নিংশিংদুনা লৈখি ॥১৬॥ মতম অসিদা ক্ষত্রিয়

তস্যাঃ সমভবৎ পুত্রো বৃদ্ধয়োঃ স মহাভিষঃ। শান্তস্য জজ্ঞে সন্তানস্তস্মাদাসীৎ স শান্তনুঃ ॥১৮॥
সংস্মরংশ্চাক্ষয়াল্লোকান্ বিজিতান্ স্বেন কর্ম্মণা। পুণ্যকর্ম্মকৃদেবাসীৎ শান্তনুঃ কুরুসত্তমঃ ॥১৯॥
প্রতীপঃ শান্তনুং পুত্রং যৌবনস্থং ততোঽন্বশাৎ। পুরা মাং স্ত্রী সমাভ্যাগাৎ শান্তনো! ভূতয়ে তব ॥২০॥
ত্বামাব্রজেদ্যদি রহঃ সা পুত্র! বরবর্ণিনী। স্ত্রী বৈ কাময়মানা তু রূপাঢ্যা পুত্রকাম্যয়া ॥২১॥
সা ত্বয়া নানুযোক্তব্যা কাসি কস্যাসি চাঙ্গনা। যচ্চ কুর্য্যান্ন তৎ কর্ম্ম সা প্রষ্টব্যা ত্বয়াঽনঘ!
মন্নিয়োগাদ্ভজন্তীং তাং ভজেথা ইত্যুবাচ তম্ ॥২২॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

এবং সন্দিশ্য তনয়ং প্রতীপঃ শান্তনুং তদা। স্বে চ রাজ্যেঽভিষিচ্যৈনং বনং রাজা বিবেশ হ ॥২৩॥
স রাজা শান্তনুর্ধীমান দেবরাজসমদ্যুতিঃ। বভূব মৃগয়াশীলঃ সততং বনগোচরঃ ॥২৪॥
স মৃগান্ মহিষাংশ্চৈব বিনিঘ্নন্ রাজসত্তমঃ। গঙ্গামনুচচারৈকঃ সিদ্ধচারণসেবিতাম্ ॥২৫॥
স কদাচিন্মহারাজ! দদর্শ পরমাং স্ত্রিয়ম্। জাজ্বল্যমানাং বপুষা সাক্ষাচ্ছ্রিয়মিবাপরাম্ ॥২৬॥
সর্বানবদ্যাং সুদতীং দিব্যাভরণভূষিতাম্। সূক্ষ্মাম্বরধরামেকাং পদ্মোদরসমপ্রভাম্ ॥২৭॥

---

অথোইবা কুরুবংশগী নিংথৌ প্রতীপনামহাক্কী ভার্য্যাগা লোয়ননা মচাগী দমক্তা তপস্যা তৌখি ॥ ১৭ ॥ অদুগী মতুংদা অন্তৈগী স্বর্গদগী শাপ ফংখিবা মহাভিষ কৌবা নিংথৌ অদুনা মর্ত্ত্য-লোকতা লাক্লুনা নিংথৌ — মহাবাণী অনি অসিগী নচা ওইনা পোক্লে। শমদমনচিংবা গুন পুমনমক্তা তিল্লি হায়দুনা নিংথৌ মচা অসিবু " শান্তনু " হায়না থোনখি ॥ ১৮ ॥ নিপামরক্তগী অথোইবা শান্তনুনা মমাংগী মাগী কর্ম্মনা ফংজখিবা অমাং অতা লৈত্রবা নিংথিরবা লোক অদুবু নিংশিংদুনা পুণ্য কর্ম্মত তৌদুনা লৈখি ॥ ১৯ ॥ অদুগী মতুংদা শান্তনুনা পাখং ফারক-লবদা নোংমা মপা প্রতীপনা হায়খি — শান্তনু! নংগী মঙ্গলগী দমক্তা কনাগুম্বী মুপী অমনা মমাংদো ঐগী নাক্তা লাকখি ॥ ২০ ॥ শান্তনু! থোইদোকনা নিংথিজরবী, কুচু, কুমেন ফজরবী, মুপী অমনা মচা পাম্বনা কামাতুর ওইদুনা অচীকপাদা ঐগী নাক্তা লাকখি; অদুগা নংনা মাগী নাক্তা চৎলগা ' নং কনানো? " " কনাগী মুপীনো? " " কদায়দা লৈবীনো? " অসিনচিংবা ৱা করিমতা হংঙুম্, মানা তৌ হায়বা থবক অদুতা তৌ, বিষয় অসিদা করিমতা হংঙু লাকউনু; ইপাগী য়াথং মতুং ইন্না রমণী অদুগী মপুকনিং পুংহল্লুচো, অসুম হায়না নিংথৌ প্রতীপনা মচা শান্তনুদা হায়খি ॥ ২১ — ২২ ॥

বৈশমপায়ননা হায়খি — নিংথৌ প্রতীপনা মচা শান্তনুদা অসুমনা য়াথং পীরমলগা অমদি মহাক্কা মহুত্তা লৈবাক শিন্নদুনা অভিষেক তৌবিরমলগা তপোবন্দা চৎখি ॥ ২৩ ॥ অসোমদা ইন্দ্রগা মান্ননা মতিক মগুন লৈরবা, বুদ্ধি চাউরবা নিংথৌ শান্তনুনা মতম অযান্বদা বন — বন খুদিংদা মৃগয়া চৎখি ॥ ২৪ ॥ নিংথৌ অথোইবা শান্তনুনা শজি, শঙাই, ইরোইনচিংবা শা ময়াম হাৎতুনা সিদ্ধচারণচিংবনা কোয়চৎ - চৎতুনা লৈরিবা গঙ্গাগী তোর্ব্বান্দা মথন্ত কোয়চৎ চৎতুনা লৈরমই। ২৫।

' মহারাজ জনমেজয়! শান্তনুনা অসুম চৎলিঙৈদা থোইদোক্তা নিংথিজরবী মুপী অমা লাকই মশাগী মঙ্গালনা মায়গৈ মরি ইলং লংনা শন্দোক্রমই; অনিগুবী লক্ষ্মীগী মতোংগুম ফজৈ, হকচাংগী কায়াৎ পুম্বা করিমতা য়াত্তনা নিংথিজৈ, ময়া য়াক্তোন খিবিকতো থোইনা অমুক পুক্লিং হুনা ফজৈ

তাং দৃষ্ট্বা হৃষ্টরোমাভূদ্বিস্মিতো রূপসম্পদা। পিবন্নিব চ নেত্রাভ্যাং নাতৃপ্যত নরাধিপঃ ॥২৮॥
সা চ দৃষ্ট্বৈব রাজানং বিচরন্তং মহাদ্যুতিম্। স্নেহাদাগতসৌহার্দ্দা নাতৃপ্যত বিলাসিনী ॥২৯॥
তামুবাচ ততো রাজা সান্ত্বয়ন্ শ্লক্ষ্ণয়া গিরা। দেবী বা দানবী বা ত্বং গন্ধর্বী চাথবাপ্সরাঃ ॥৩০॥
যক্ষী বা পন্নগী বাপি মানুষী বা সুমধ্যমে। যাচে ত্বাং সুরগর্ভাভে! ভার্য্যা মে ভব শোভনে ॥৩১॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

এতচ্ছ্রুত্বা বচো রাজ্ঞঃ সস্মিতং মৃদু বল্গু চ। বসূনাং সময়ং স্মৃত্বাথাভ্যগচ্ছদনিন্দিতা ॥৩২॥
উবাচ চৈনং রাজ্ঞঃ সাহ্লাদয়ন্তী মনো গিরা। ভবিষ্যামি মহীপাল! মহিষী তে বশানুগা ॥৩৩॥
যত্তু কর্য্যামহং রাজন্! শুভং বা যদিবাঽশুভম্। ন তদ্বারয়িতব্যাস্মি ন বক্তব্যা তথাঽপ্রিয়ম্ ॥৩৪॥
এবং হি বর্ত্তমানেঽহং ত্বয়ি বৎস্যামি পার্থিব। বারিতা বিপ্রিয়ঞ্চোক্তা ত্যজেয়ং ত্বামসংশয়ম্ ॥৩৫॥
তথেতি রাজ্ঞা সা তূক্তা তদা ভরতসত্তম। প্রহর্ষমতুলং লেভে প্রাপ্য তং পার্থিবোত্তমম ॥৩৬॥
আসাদ্য শান্তনুস্তাঞ্চ বুভুজে কামতো বশী। ন প্রষ্টব্যেতি মন্বানো ন স তাং কিঞ্চিদূচিবান্ ॥৩৭॥
স তস্যাঃ শীলবৃত্তেন রূপৌদার্য্যগুণেন চ। উপচারেণ চ রহস্তুতোষ জগতীপতিঃ ॥৩৮॥

---

অঙ্গ পূম্নমক লাইরৈবাক্কী ফিজেত্তনা লৈতেংভি, তবা তবাবা ফিজোন শেৎলি অদুগা মশাগী কুচুনা থম্বাল লৈবিক্কী মতোগুম ঙৌনা ফজৈ ॥২৬—২৭॥ নিংথৌ শান্তনুনা রমনী অসিবু উবদা মহাক্কী ফজবা অদুদা পুমঙকঙক্লা শুক্লাৎখি, মতুচুংভি মমিং অনি কুপ্তুনা হন্না হন্না যেংবদা অপেনবা নাইখিদে ॥২৮॥

থোইদোক্লনা নিংজরবা নিংথৌ অদুনা মথন্তা অচৌকপা অদুদা কোযচৎ চত্তুনা লৈবম্না অদু উবদা নুপী অদুস্থ নিংথৌ অদুগী মফমদা অপাম নুংশি পোক্খিহনা তুমিন্না চংলক্তুনা লেপলৈ. মহাকসু নিংথৌ অদুবু যেংবদা অপেনবা নাইখিদে ॥২৯॥ অদুগী মতুংদা অথোৎপা ব্রাহৈনা রমণী অদুদা হায়খি ফজববী। নংবু লাইরেম্বীরা? দানবীবা? গন্ধর্ব্বীরা? নত্রগা অপ্সরাবা? ॥৩০॥ অসি ইনৎ নত্রগা যক্ষীবা? সর্পীবা? মর্ত্ত্যলোক্কী তাইবং মুপীরা? লাইরৈপাক্কী কন্যা মানবী! অমবু ওইরবসু অমবু ওইযবসু নং ঐগী পুন্সিগী লোযনবী ওইয়ু ॥৩১॥ বৈশম্প্যায়ননা হায়খি— গঙ্গানা নিংথৌগী মোমোন নোকপা মিনোক্কা লোযননা হায়দোরকপা অথুপ্পা অথোৎপা ব্রাহৈ অদু তাবদা মমাংঙৈদা বসু কৌবা দেবতাশিংদা ব্রাশকখিবদু খংনিং নিংশিংলক্তুনা নিংথৌ অদুগী মনাক্তা চংশিল্লকই ॥৩২॥

ব্রাহৈতনা নিংথৌগী থমোইবু পেলহন্দুনা হায়খি— মহারাজ! ঐ মহারাজগী নখাপোনবী মহারানী ওইজগনি ॥৩৩॥ অদুম্নদি ওইরবদা অফ ফত্তা ঐনা হেক তৌবা থবক পূম্নমক মহারাজনা থিংবিবা যাদে, ব্রা অমা ফাওবা ঙাংবিবা যাদে ॥৩৪॥ মহারাজ! অসিগুম্বা নিযম অসি ঙাকপিরিবা মথৈ মহারাজগী নাক্তা লৈগনি, ঐনা তৌবা থবক্তা ব্রা খজিক্লং হেক ঙাংবা মুমিত্তা মহারাজবু থাদোক্তুনা চৎখিগনি ॥৩৫॥ মহারাজ জনমেজয়! মাহুমক তৌগনি অহুম হায়না শান্তনুনা য়ারবদা গঙ্গানা শান্তনুবু মপুরোইবগুম ফংজবদা থোইদোক্লা নুংঙাইখি ॥৩৬॥ ইন্দ্রিয় খুহুম চম্নবা নিংথৌ শান্তনুসু গঙ্গাবু ফংদুনা মনিং-মথা তম্না নুংঙাইনা শান্নমিন্নখি, "গঙ্গাগী মফমদা করিগুম্বা বিষয় অমদ করিগুম্বা অমতা হংবা য়াদে" অমুম্বা ব্রাহৈ অহবু ইতক্তনা নিংশিংদুনা করিগুম্বা মতমদা করিগুম্বা অমাগী মরমদা করিমতা হংখিদে ॥৩৭॥ শান্তনুনা গঙ্গাগী স্বভাব, ব্যবহার, মশক মতৌ, পুককেল চাউবা অমদি অচৌকপা মফমগী সেবা লাংবানচিংবদা থোইদোক্লা নুংঙাইবা অপেনবা ফংলমই ॥৩৮॥

বিস্মাপয়ন্তী সা দেবী তদা ত্রিপথগা নদী। মানুষং বিগ্রহং কৃত্বা শ্রীমদ্বরবর্ণিনী ॥৩৯॥
ভাগ্যোপনতকামস্য ভার্য্যেবোপস্থিতাভবৎ। শান্তনো রাজসিংহস্য দেবরাজসমদ্যুতেঃ ॥৪০॥
সম্ভোগস্নেহচাতুর্য্যৈর্হাবলাস্যমনোহরৈঃ। রাজানং রময়ামাস যথা রেমে তথৈব সঃ ॥৪১॥
স রাজা রতিসক্তত্বাদুত্তমস্ত্রীগুণৈর্হৃতঃ। সংবৎসরানৃতূন্ মাসান্ বুবুধে ন বহূন্ গতান্ ॥৪২॥
রমমাণস্তয়া সার্দ্ধং যথাকামং জনেশ্বরঃ। অষ্টাবজনয়ৎ পুত্রাংস্তস্যামমরসন্নিভান্ ॥৪৩॥
জাতং জাতঞ্চ সা পুত্রং ক্ষিপত্যম্ভসি ভারত। প্রীণামি ত্বাহমিত্যুক্ত্বা গঙ্গা স্রোতস্যমজ্জয়ৎ ॥৪৪॥
তস্য তন্ন প্রিয়ং রাজ্ঞঃ শান্তনোরভবত্তদা। ন চ তাং কিঞ্চনোবাচ ত্যাগাদ্ভীতো মহীপতিঃ ॥৪৫॥
অথ তামষ্টমে জাতে পুত্রে প্রহসতীমিব। উবাচ রাজা দুঃখার্ত্তঃ পরীপ্সন্ পুত্রমাত্মনঃ ॥৪৬॥
মা বধীঃ কাসি কস্যাসি কিঞ্চ হংসি সুতানিতি। পুত্রঘ্নি! সুমহৎ পাপং সম্প্রাপ্তং তে বিগর্হিতম্ ॥৪৭॥

স্ত্র্যুবাচ

পুত্রকাম! ন তে হন্মি পুত্রং পুত্রবতাং বর! জীর্ণোঽস্তু মম বাসোঽয়ং যথা স সময়ঃ কৃতঃ ॥৪৮॥
অহং গঙ্গা জহ্নুসুতা মহর্ষিগণসেবিতা। দেবকার্য্যার্থসিদ্ধ্যর্থমুষিতাহং ত্বয়া সহ ॥৪৯॥
অষ্টৌ যে বসবো দেবা মহাভাগা মহৌজসঃ। বশিষ্ঠশাপদোষেণ মানুষত্বমুপাগতাঃ ॥৫০॥

---

গঙ্গা হায়বসি স্বর্গগী লাইরেনবী অমদি শেংলবী তুরেন ওইদুনস্থু পুক্নিং হুননবগী মশক ওইরবী মুর্ত্তি লৌদুনা নিংথৌগী থাঙ্গে হেক শেংবা সুপীগী মতৌগুম মপুরোইবগী নাক্তা লৈখি; ইন্দ্রগা মান্নবা মতিক মগুণ চাউরবা নিংথৌ শান্তনুসু মরাইবক ফবনা গঙ্গাবু ভার্য্যাগুম ফংদুনা নুংঙাইনা শান্নমিন্নখি ॥৩৯—৪০॥ শান্তনুনা গঙ্গাগা লোয়ননা শান্নমিন্নবা মতমদা, মাগী কেব-নৌবা, থোংনা-নৌনা জগোই শাবা, তিন্নবা, অপাম নুংশি পোক্নবা শান্নমিন্নবগী হৈশিংবা মতৌ অদুদা থোইনা পেনখি ॥ ৪১ ॥ শান্তনুনা রমনীগী মশক ওইরিবী গঙ্গাদা লুপখিদুনা মতম অয়াম্বদা মাবু থাদোকপা ঙমদনা মাঙোন্দা লুপ্তুনা লৈখি; চহি, ঋতু, থা, কয়া হৌখ্রবগে হায়বদু খংখিদ্রে ॥ ৪২ ॥

মতৌ অসুম্না শান্তনুনা গঙ্গাগা লোয়ননা শান্নমিন্নদুনা লাইগুম্বা মচা নিপা নিপালথক পোকখি ॥৪৩॥ অদুবু মচা হেক হেক পোক্লকপদা গঙ্গানা "নংগী পেন্নবা ঐনা তৌরবনিকো" অসুম হেক-হেক হায়দুনা ঈশিংদা লংথখি, ঈরৈদা লুপহনখি ॥৪৪॥ গঙ্গানা তৌরিবা থবক অদুদা শান্তনুনা থোইদোক্না নুংঙাইখিদে; অদুবু গঙ্গানা থাদোকলুনা চংখিগনি হায়বদু কিবনা করিমতা ঙাংবা ঙমগদে ॥৪৫॥

অষ্টগী মতুংদা নিপাল শুবা মচা অমা অমুক পোক্লরুবদা গঙ্গানা থোইদোক্না নুংঙাইনা নোকখি; মতম অদুদা শান্তনুনা মচা অদুমতদি কননিংবনা রাজা বানা গঙ্গাদা হায়খি নচা হাৎকনু। নংকনানো? কনাগী নুপীনো? করিগী দমক্তা নচাশিংবু হাৎলিবনো? নচাহাৎপী। নংগী অসিগুম্বা তনথিরবা তুকচরবা থবক অসিনা নংঙোন্দা অচৌবা পাপ অমা লৈরিবনিদো ॥ ৪৬—৪৭ ॥ নুপীগী মশক ওইরবী গঙ্গানা হায়রকই নচা পোকপগী মনুংদা অথোইবা। নংনা নচা পায়রবনিনা নচা অসি হাৎলরোই, নংগা ঐগা লৈমিন্নবদি অসিনা অরোইবা চুমিৎ ওইরসনু; মাসিগী নিয়ম অসি মমাংদৌদা তৌনথ্রবনি ॥ ৪৮ ॥ ঐদি জহ্নুমুনিগী মচা নুপীনি, গঙ্গা হায়রবীদুনি, মহর্ষিশিংনা ঐবু সেবা তৌরিবনি। দেবতা পুম্নমক্কী মথিং থুনবা মতম কুইনা নংগা লৈমিন্নরবনি ॥ ৪৯ ॥ মরাইবক করবা মতিক মগুণ চাউরবা দেবতা

তেষাং জনয়িতা নাস্ত্যন্যত্তে ভুবি বিদ্যতে। মদ্বিধা মানুষী ধাত্রী লোকে নাস্তীহ কাচন ॥৫১॥

তেষাঞ্চ জননীহেতোর্মানুষত্বমুপাগতা। জনয়িত্বা বসূনষ্টৌ জিতা লোকাস্ত্বয়াক্ষয়াঃ ॥৫২॥

দেবানাং সময়স্ত্বেষ বসূনাং সংশ্রুতো ময়া। জাতং জাতং মোক্ষয়িষ্যে জন্মতো মানুষাদিতি ॥৫৩॥

তে তু শাপাদ্বিনির্মুক্তা আপবস্য মহাত্মনঃ। স্বস্তি তেঽস্তু গমিষ্যামি পুত্রং পাহি মহাব্রতম্ ॥৫৪॥

এষ পর্য্যায়বাসো মে বসূনাং সন্নিধৌ কৃতঃ। মৎপ্রসূতং বিজানীহি গঙ্গাদত্তমিমং সুতম্ ॥৫৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্বণি

সম্ভবে ভীষ্মোৎপত্তির্নাম দ্বিনবতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

—•—

বসুনিপালনৈ ; মখোয় অম্ব বশিষ্ঠগী শাপতগী মর্ত্ত্যলোক অসিদা মীওইনা পোকখি। নহাক নত্তনা মর্ত্ত্যলোক অসিদা বসুনিপালগী মপা ওইবা কনা অমতনা ঙমখিদে ; অদুগা মর্ত্ত্যলোক অসিদা ঐগুম্বা অকনবা গর্ভ পুবী, অকনবা মচা পোকপী তাইবংনুপী অমত্তা য়াওখিদ্রি ॥ ৫০—৫১ ॥ মরম অদুনা বসু নিপালগীমমা অমুক্ত ওইরুগে হায়দুনা মর্ত্ত্যলোক অসিদা লাকলিবনি, অদুগা মহারাজম্ব বসু নিপালবু নচা ওম পোক্তুনা কনা অমতনা থিংবা ঙমদনা স্বর্গশোয়দনা কারণদোবনি ॥ ৫২ ॥ বসুনিপালনা হায়জরবদা মখোয়গী শাপ কোক্লনবা ঐনা "কেক পোক্লক পোক্লকপদা মীওইবগী মপোক্তগী মুক্তি পীগনি" অসুম হায়না ৱাশক্তুনা যাকরে ॥ ৫৩ ॥ বসুনিপাল অদো ঙসিতা মহাত্মা বশিষ্ঠগী শাপতগী কোকখ্রবনি। মহারাজগী মঙ্গল ওইসনু, ঐদি চৎলগে। নিয়ম ৱাশক চেৎলবা তুংদা মহাপুরুষ ওইরক্কদোবা নচা অসি য়োকপীহৌ ॥ ৫৪ ॥ *

মহারাজ ! বসুশিংগী অংশ অমমম্বা পোকখিবা নচা অসি নমাংদ উৎলবনি নচা অসি গঙ্গা ঐগী গর্ভদা পোকপা অমদিগঙ্গানা পীবা নচানি হায়না গংক্বিগে ॥৫৫॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চাম্না শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদিপর্ব্বদা সম্ভবদা ভীষ্মোৎ পত্তি কৌবা মরিফুতারানিথোই শুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

—:*:—

* টীকা— বসুশিংগা গঙ্গাগা ৱাশকনদুনা অমদি গঙ্গাগা শান্তনুগা ৱাশকদুনা পোকখিবা মচা ভীষ্মনা জগতা ৱাশক চেৎপা নিপা ওইখ্রিবাহনি ॥ ৫৪ ॥

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব—সম্ভবে আপবোপাখ্যানং

### (মক্সিফুতরাহুমদোইশুবা অধ্যায়)

—(*)—

শান্তনুরুবাচ ।

আপবো নাম কোঽয়ং বসূনাং কিঞ্চ দুষ্কৃতম্ । যস্যাভিশাপাত্তে সর্বে মানুষীমুপাগতাঃ ॥১॥

অনেন চ কুমারেণ ত্বয়া দত্তেন কিং কৃতম্ । যস্য চৈব কৃতেনায়ং মানুষেষু নিবৎস্যতি ॥২॥

ঈশানাঃ সর্বলোকস্য বসবস্তে চ বৈ কথম্ । মানুষেষূদপদ্যন্ত তন্মমাচক্ষ্ব জাহ্নবি ! ॥৩॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

সৈবমুক্তা ততো গঙ্গা রাজানমিদমব্রবীৎ । ভর্তারং জাহ্নবী দেবী শান্তনুং পুরুষোত্তমম্ ॥৪॥

যং লেভে বরুণঃ পুত্রং পুরা ভরতসত্তম ! বশিষ্ঠনামা স মুনিঃ খ্যাত আপব ইত্যুত ॥৫॥

তস্যাশ্রমপদং পুণ্যং মৃগপক্ষিসমন্বিতম্ । মেরোঃ পার্শ্বে নগেন্দ্রস্য সর্বর্তুকুসুমাবৃতম্ ॥৬॥

স বারুণিস্তপস্তেপে তস্মিন্ ভরতসত্তম ! বনে পুণ্যকৃতাং শ্রেষ্ঠঃ স্বাদুমূলফলোদকে ॥৭॥

দক্ষস্য দুহিতা যা তু সুরভীত্যভিশব্দিতা । গাং প্রজাতা তু সা দেবী কশ্যপাদ্ভরতর্ষভ ! ॥৮॥

অনুগ্রহার্থং জগতঃ সর্বকামদুঘাং বরাম্ । তাং লেভে গাং ধর্মাত্মা হোমধেনুং স বারুণিঃ ॥৯॥

---

শান্তনুনা হায়খি— আপব হায়রিবসিনা কনানো ? বসু নিপাল অদুগী মরায়া করিনো ? আপব অদুগী শাপনা বসুশিংন মর্ত্ত্যলোকতা লাকতুনা পোকখি, হায়রিবা আপব হায়বা অদুদু কনানো ? ॥১॥ নংনা এরেভোন্দা পীরমলিবা অঙাং অসিনা করি ফত্তবা তৌখিদুনা লৈহৌরিবনো? করমবা মরান তৌদুনা করম্বা নত্তবা কর্ম্মনা মর্ত্ত্যলোকতা মীওইবগী মপোক্কা পোক্করিবনো ? ॥২॥ লোক পূমনমক্কী নিংথৌ ওইদুনা লৈরিবা বসু নিপালনা করিগী দমক মীওইবগী মপোক্কা পোক্করিবনো ? গঙ্গা ! ঋবি পূমনমকসে এরেভোন্দা মথং-মনাও নাইনা লীরম্মু ॥৩॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি— শান্তনুনা অসুমনা হংলবদা গঙ্গাদেবীনা মপুরোইবা মী মরক্তগী অথোইবা নিংথৌ শান্তনুদা অসুমনা লীখি ॥৪॥ ভরত-বংশগী অথোইবা নিংথৌ ! মমাংঙৈদা বরুণদেবগী মচা অমা পোকখিরদো বশিষ্ঠ অমদি আপব অসুম হায়নসু কাউখি ॥৫॥ চীং অথোইবা সুমেরুগী মনাক্তা মহাককী লেংলবা আশ্রম লৈরমই ; মাতুদা মথাল মথা অয়াম্বা শা-উচেক চংলমই অমদি পাইরমই অদুগা ঋতু খুদিংদা ঋতু পূমনমককী লৈ শাংলি ॥৬॥ আশ্রম অদুগী উহে-বাহে মরু অমদি ঈশিং লোইনা হাউই অমদি থুমই ; অদুগুম্বগী আশ্রম অদুদা ধর্ম্মচেনবগী অথোইবা বরুণদেবতাগী মচা বশিষ্ঠনা তপস্যা তৌদুনা লৈ ॥৭॥ দক্ষ প্রজাপতিগী সুরভি কৌবী মচানুপী অমা য়াওরমই, মহাকনা জগৎকী মঙ্গলগী দমক কশ্যপ প্রজাপতিদগী নন্দিনী কৌবী যণগী অমক লৌবী মচানুপী পোকলমই ; নন্দিনী অসি মীওইবনা নীংবা অপাম্বা পুম্বা লোইনা পীরমই ; যণবী পূমনমককী মনুংদা অথোইবীনি, ধর্ম্মচেনবা বশিষ্ঠনা নন্দিনী অদুবু যজ্ঞগী যী, শঙ্গোম

সা তস্মিংস্তাপসারণ্যে বসন্তী মুনিসেবিতা । চচার পুণ্যে রম্যে চ গৌরপেতভয়া তদা ॥১০॥
অথ তদ্বনমাজগ্মুঃ কদাচিদ্ভরতর্ষভ । পৃথ্বাদ্যা বসবঃ সর্বে দেবদেবর্ষিসেবিতম্ ॥১১॥
তে সদারা বনং তচ্চ সঞ্চরন্তঃ সমন্ততঃ । রেমিরে রমণীয়েষু পর্বতেষু বনেষু চ ॥১২॥
তত্রৈকস্যাথ ভার্যা তু বসোর্বাসববিক্রম ! সঞ্চরন্তী বনে তস্মিন গাং দদর্শ সুমধ্যমা ॥১৩॥
নন্দিনীং নাম রাজেন্দ্র ! সর্বকামধুগুত্তমাম্ । সা বিস্ময়সমাবিষ্টা শীলদ্রবিণসম্পদা ॥১৪॥
দ্যবে বৈ দর্শয়ামাস তাং গাং গোবৃষভেক্ষণ । স্বাপীনাঞ্চ সুদোগ্ধ্রীঞ্চ সুবালধিমুখীং তথা ।
উপপন্নাং গুণৈঃ সর্বৈঃ শীলেনানুত্তমেন চ ॥১৫॥
এবংগুণসমাযুক্তাং বসবে বসুনন্দিনী । দর্শয়ামাস রাজেন্দ্র ! পুরা পৌরবনন্দন ॥১৬॥
দ্যৌস্তদা তাস্তু দৃষ্ট্বৈব গাং গজেন্দ্রেন্দ্রবিক্রম ! উবাচ রাজংস্তাং দেবীং তস্যা রূপগুণান্ বদন্ ॥১৭॥
এষা গৌরুত্তমা দেবি ! বারুণেরসিতেক্ষণা । ঋষেস্তস্য বরারোহে ! যস্যেদং বনমুত্তমম্ ॥১৮॥
অস্যাঃ ক্ষীরং পিবেন্মর্ত্যঃ স্বাদু যো বৈ সুমধ্যমে ! দশ বর্ষসহস্রাণি স জীবেৎ স্থিরযৌবনঃ ॥১৯॥
এতচ্ছ্রুত্বা তু সা দেবী নৃপোত্তম ! সুমধ্যমা । তমুবাচানবদ্যাঙ্গী ভর্তারং দীপ্ততেজসম্ ॥২০॥
অস্তি মে মানুষে লোকে নরদেবাত্মজা সখী । নাম্না জিতবতী নাম রূপযৌবনশালিনী ॥২১॥

---

নচিংবা ষাত্তনা শীনবী হোমধেনু ওইনা য়োকখি ॥৮—৯॥ নন্দিনী অদু শেংলবা অমদি পুক্রিং হুন-বগী মশক ওইরবা তপোবন অদুদা নিংঙাইরবা লৈতনা হঙৈৎ-হন্দা চৎলমই, অদুগা অতোপ অতোপপ মুনিশিংনা কোন্দুনা সেবা তৌরমই ॥১০॥ অদুগী মতুংদা নোংমা পৃথুনচিংবা বসুশিংনা, দেবতা অমদি দেবর্ষিশিংনা থম্না লৈরবা তপোবন অমদা লাকলমই ॥১১॥ মখোয়না মাগী মাগী মুপীশিংগা লোয়ননা তপোবন অদুদা মফম পূমনমক্তা হঙৈৎ-হন্দা চৎলি; নিংথিজরবা চীং-মান্ অমদি বনদা শান্নরমই ॥১২॥ ইন্দ্রগা মান্ননা নতিক মগুণ লৈরবা নিংথৌ ! বসুশিং অদুগী মনুংদা অমগী ভার্য্যা অমনা বনদা মথন্তা কোয়চৎ চৎলকপদা, অপাম্বা নীংবা পূম্বা পীবশিংগী মমুংদা অথোইবা নন্দিনীবু উখি অমদি মাগী মরমচৎ অমদি নিংথিজরবা ফিজেৎ-লৈতেং পূমনমক উবদা ঙকখি ॥১৩—১৪॥ মিত্রা ফজরবা মহা-রাজ ! নন্দিনী অদুগী মমায়, মমৈ অমদি মচী অমি অদো থোইদোক হেন্দোকনা নিংথিজরমই, অদুগা থোইদোক-হেন্দোকপা স্বভাব, মগুণ লৈরমই; অদুগা যী শঙোম মরাং কায়না ওকত্রিমথৈ পীরমই, হ্য কৌবা বসুগী ভার্য্যানা গুণ পূমনমকনা তিন্নবী নন্দিনীবু উহল্লমই ॥১৫॥ মহারাজ ! মমাংদৌদা বসুগী চাম্নথোইরবী ভার্য্যানা বসুদা মতৌ অসুমনা রূপ, গুণ পুমনমকনা তিন্নবী নন্দিনীবু হন্না হন্না উহল্লমই ॥১৬॥ পুরু শাগৈগী অথোইবা, ঐরাবত অমদি ইন্দ্রগী মতৌগুম কন-থৌরবা মহারাজ ! হ্য কৌবা বসনা নন্দিনীবু উবদা মহাককী রূপ, গুণ পুমনমক বর্ণন তৌনা তৌনা মাগী চাম্নথোইরবী—ভার্য্যাদা হায়খি ॥১৭॥ দেবি ! অয়া উরিবা নিংথিজরবা তপোবন অসিগী মপু মহর্ষি বশিষ্ঠগী [illegible] [illegible] নিংথিজরবী মমিৎ শংবামবী নন্দিনী কৌবী শগবী অসি অসিনি ॥১৮॥ নিংথিজরবী, [illegible] [illegible] [illegible] হাওরবা শজোংবু থকলবা মী মহাক অসো মতমলৈনা খিরিক্তনা [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] চহি লিশিং অমা পুনসিবা ভন্নি ॥১৯॥ মহারাজ ! হকচাং কায়াৎ পুমনমক নিংথিজরবী বসুগী—ভার্য্যানা [illegible] [illegible] [illegible] মতিক-মঙাল চাউরবা মপুরোইবা [illegible] হায়খি— [illegible] [illegible] কৌবী [illegible] [illegible], [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] ॥২০—২১॥

উশীনরস্য রাজর্ষেঃ সত্যসন্ধস্য ধীমতঃ। দুহিতা প্রথিতা লোকে মানুষে রূপসম্পদা ॥২২॥

তস্যা হেতোর্মহাভাগ! সবৎসাং গাং মমেপ্সিতাম্। আনয়স্বামরশ্রেষ্ঠ! ত্বরিতং পুণ্যবর্দ্ধন! ॥২৩॥

যাবদস্যাঃ পয়ঃ পীত্বা সা সখী মম মানদ! মানুষেষু ভবত্যেকা জরারোগবিবর্জ্জিতা ॥২৪॥

এতন্মম মহাভাগ! কর্ত্তুমর্হস্যনিন্দিত! প্রিয়াৎ প্রিয়তরং হ্যস্যা নাস্তি মেঽন্যৎ কথঞ্চন ॥২৫॥

এতচ্ছ্রুত্বা বচস্তস্যা দেব্যাঃ প্রিয়চিকীর্ষয়া। পৃথ্বাদ্যৈর্ভ্রাতৃভিঃ সার্দ্ধং দ্যৌস্তদা তাং জহার গাম্ ॥২৬॥

তয়া কমলপত্রাক্ষ্যা নিযুক্তো দ্যৌস্তদা নৃপ! ঋষেস্তস্য তপস্তীব্রং ন শশাক নিরীক্ষিতুম্।

হৃতা গোঃ সা তদা তেন প্রপাতস্তু ন তর্কিতঃ ॥২৭॥

অথাশ্রমপদং প্রাপ্তঃ ফলান্যাদায় বারুণিঃ। ন চাপশ্যত গাং তত্র সবৎসাং কাননোত্তমে ॥২৮॥

ততঃ স মৃগয়ামাস বনে তস্মিংস্তপোধনঃ। নাধ্যগচ্ছচ্চ মৃগয়ংস্তাং গাং মুনিরুদারধীঃ ॥২৯॥

জ্ঞাত্বা তথাপনীতাং তাং বসুভির্দিব্যদর্শনঃ। যযৌ ক্রোধবশং সদ্যঃ শশাপ চ বসূংস্তদা ॥৩০॥

যস্মান্মে বসবো জহ্রুর্গাং বৈ দোগ্ধ্রীং সুবালধিম্। তস্মাৎ সর্ব্বে জনিষ্যন্তি মানুষেষু ন সংশয়ঃ ॥৩১॥

এবং শশাপ ভগবান্ বসূংস্তান্ ভরতর্ষভ! বশং কোপস্য সম্প্রাপ্ত আপবো মুনিসত্তমঃ ॥৩২॥

---

ঐগী ইতা অদো ব্রাশক চেৎলবা, অচুম্বা ভাংলবা, মবুদ্ধি চাউববা রাজর্ষি উশীনর হায়বদুগী মচান্নুপী নি; মহাক অসি মশাগী ফজবা মশকতনা মর্ত্ত্যলোক অসিদা মমিং চৎলিবীনি ॥২২॥ হে লাই পুমনমককী অথোইবা! ঐগী ইতা অদুগী দমক্তা মচাগা লোয়ননা যণবী অসি লৌবিক ॥২৩॥ মরম্দি যণ্বী অসিগী শঙ্গোম থকলগা ঐগী ইতা অদো মর্ত্ত্যলোক অসিদা অহল-ওইবা লায়নানচি বা নৈতনা মপুন্সি লেনবা ঙমসনু ॥২৪॥

পুকচেল চাওরবা! ঐনা হংযজরিবসে শোয়দনা তৌবিবা তাই। করি মরম্না হায়বদা মাসিদগী চেন্না পাম্বা ঐগী অতোপ্পা থবক অমতা লৈত্রে ॥২৫॥ ব্রা অসি তাবদা "দ্যু" কৌবা বসুনা মাগী চান্নথোইরবী ভার্য্যাগী মপুক্কিং থুংহন্নিংবনা পৃথুনচিংবা মচিন মনাওশিংগা লোয়ননা বশিষ্ঠগী শণ্বী অদুবু হুরানখ্রে ॥২৬॥ মহারাজ! দ্যু-বসুনা মহর্ষি বশিষ্ঠগী কল্লবা তপস্যাগী তেজ অদোমদা মমিৎনা কাওবা হঙ্গৎনা য়েংবা ঙমদবনি; অদুবু ফজরবী মংশিজরবী মাগী মপীনা তকশিনখিবনা ঋষিদুগী শণ্বীদুবু হুরানখি, মাদু তৌরগা মহাক্না করা য়ান্না লৈখা তাগদবা অদুদি মানা থক নীংশিংকদে ॥২৭॥ অদুগী মতুংদা শণ্বীদু হুখ্রবা তুংদা ওহাক লৈরগা বশিষ্ঠ মুনিনা উহৈ-ব্রাহৈ পুক্ননা আশ্রমদা হন্নকই, অদুবু মচাচেনবী শণ্বী অদু তপোবন অদুগী করিগুম্বা মফমদা উবা ফংখিদ্রে ॥২৮॥ অদুগী মতুংদা শিংলবা মুনিনা বন-অদুগী মফম পুম্নমক্তা শণ্বী অদু থিবা হৌরক্রে। অদুবু করিগুম্বা মফমদা থিবা ফংখিদ্রে ॥২৯॥ বসুশিংনা মাগী শণ্বী অদু হুখ্রে, হায়বসি ধ্যাননা খংলদুনা বশিষ্ঠ মুনি থোইদোকনা শাওদুনা বসুশিংবু শাপ তৌখি ॥৩০॥ মচা চেন্নিবী, সজেম্ম থামনা থোক্লবী, মৈথৈ-মৈতা ফজরবী ঐগী নচীদীবু (শণ্বীবু) হুরানখিবা বসুশিং অসো মর্ত্ত্যলোকতা শোয়দনা মীওইনা পোকপা ওইরসনু ॥৩১॥ ভরত শাসেগী অথোইবা মহারাজ! মখিবু মখুন চাওরবা বশিষ্ঠনা শাওদুনা মখোয় অহুমনা বসুশিংবু শাপ তৌখি ॥ ৩২ ॥

শপ্ত্বা চ তান্ মহাভাগস্তপস্যেব মনো দধে। এবং স শপ্তবান্! বসূন্ শ্রেষ্ঠো তপোধনঃ ॥৩৩॥
মহাপ্রভাবো দেবর্ষির্দেবান্ ক্রোধসমন্বিতঃ। অথাশ্রমপদং প্রাপ্তাস্তে বৈ ভূয়ো মহাত্মনঃ ॥৩৪॥
শপ্তাঃ স্ম ইতি জানন্ত ঋষিং তমুপচক্রমুঃ। প্রসাদয়ন্তস্তমৃষিং বসবঃ পার্থিবর্ষভ ॥৩৫॥
লেভিরে ন চ তস্মাত্তে প্রসাদমৃষিসত্তমাৎ। আপবাৎ পুরুষব্যাঘ্র! সর্বধর্মবিশারদাৎ ॥৩৬॥
উবাচ চ স ধর্মাত্মা শপ্তা যূয়ং ধরাদয়ঃ। অনু সংবৎসরাৎ সর্ব্বে শাপমোক্ষমবাপ্স্যথ ॥৩৭॥
অয়ন্তু যৎকৃতে যূয়ং ময়া শপ্তাঃ স বৎস্যতি। দ্যৌস্তদা মানুষে লোকে দীর্ঘকালং স্বকর্ম্মণা ॥৩৮॥
নানৃতং তচ্চিকীর্ষামি ক্রুদ্ধো যুষ্মান্ যদব্রবম্। জনিষ্যতি ন চাপ্যেবং মানুষেষু মহামনাঃ ॥৩৯॥
ভবিষ্যতি চ ধর্ম্মাত্মা সর্ব্বশাস্ত্রবিশারদঃ। পিতুঃ প্রিয়হিতে যুক্তঃ স্ত্রীভোগান্ বর্জয়িষ্যতি ॥৪০॥
এবমুক্ত্বা বসূন্ সর্বান্ স জগাম মহানৃষিঃ। ততো মামুপজগ্মুস্তে সমেতা বসবস্তদা ॥৪১॥
অযাচন্ত চ মাং রাজন্! বরং স চ ময়া কৃতঃ। জাতান্ জাতান্ প্রক্ষিপাস্মান্ স্বয়ং গঙ্গে! ত্বমম্ভসি ॥৪২॥

---

মরাইবক ফরবা বশিষ্ঠ মুনিনা মতৌ অসুমনা বসুশিংদা শাপ তৌরম্লগা অমুক হন্না তপস্যাদা পুক্নিং চংখি। মহারাজ! মতিক মগুণ চাওরবা দেবর্ষি বশিষ্ঠনা অসুমনা দেবতামক ওইরবা বসু নিপালবু য়াম্না শাওনা শাপ তৌখি। মখোয়বু শাপ তৌখ্রে, তাবদা বসুনিপানা বশিষ্ঠ মুনিগী অশাওববু নেমথহন্দুনা মাবু-পেলহনবা ঙমগনি হায়রবসি খন্দুনা বশিষ্ঠগী আশ্রমদা লাকখি ॥ ৩৫ ॥ মহারাজ! দেবতা বসুনিপালনা য়াশক চেৎলবা অমদি ধর্ম্মদা পুক্নিং চংলবা বশিষ্ঠগী মফমদগী সুংশিবিবা অমদি থৌজাল করিমতা ফংবা ঙমখিদ্রে ॥ ৩৬ ॥ অতুমনদি ওইরবদা বশিষ্ঠনা মখোযদা হায়খি "ঐনা ধরনচিংবু নখোয় পুমনমকপু শাপ তৌরবনি, অদুনা মাহ কোকপদি য়ায়রোই, অহুমকপু চহি অমগী মতুংদা নখোয় অসিদগী কোকপা ওইগনি ॥ ৩৭ ॥ অদুগা নখোয়গী মসুংদা মাগী হাক্কক্তগী শাপ ফংখ্রবা দ্যুবসু হায়বসে মহাশক্তি মান তৌজবগী মহৈনা মতম কুইনা মর্ত্ত্যলোকতা মীওইনা পোক তুনা লৈবা ওইগনি ॥৩৮॥ ঐনা শাওদুনা নখোয়দা পীখ্রবা শাপ অসিদি অরেম্বদা থক মাংবদি য়ায়রোই, অতুমদি ওইরবদা মর্ত্ত্যলোক অসিদা নখোয়গুমনা পুকচেল চাওবা নিপা অমদি থক পোক্নরোই ॥ ৩৯ ॥

অদুগা নখোয়গী মরক্তা দ্যুবসু হায়বসে মহাশক্তি য়াম্না ধর্ম্ম চেনবা, শাস্ত্র পূম্নমক হৈরবা নিপা অমা ওইদুনা মপাবু নুংশিবা অমদি নুপী তৌবা মপাগী কান্নবতা তৌবা মচা অমা ওইনা পোক্নগনি অদুগা মহাশক্তি নুপী নহাগা তিন্না খোংনবসু থক তৌরোই ॥৪০॥ মহর্ষি বশিষ্ঠনা বসুদেবতাশিংদা মতৌ অসুমনা হায়রম্লগা তপস্যা তৌবা চংখি, অদুগী মতুংদা বসুশিংনা অমত্তা ওইনা গঙ্গা ঐগী ইফমদা লাকখি ॥৪১॥ মহারাজ; মখোয়না ঐগী ইফমদা লাক্লগা বর নিখি, ঐহ মখোয়না নীংবা অদু থুংহনখি, মখোয়না ঐঙোন্দা করি হায়খিবগে হায়বদু গঙ্গা দেবী! ঐখোয় অসি হেক পোক্লক পোকলকপদা ঈশিংদা লানথবিয়ু ॥ ৪২ ॥

এবং তেষাং সম্যক্ সন্তানাং রাজসত্তম। মোক্ষার্থী মানুষাল্লোকাদ্যথাবৎ কৃতবত্যহম্ ॥৪৩॥
সোঽয়ং শাপাদ্বসোস্তস্য ত্রক নৃপোত্তম। ভো রাজন্! মানুষে লোকে চিরং বৎস্যতি ভারত। ॥৪৪॥
অয়ং কুমারঃ পুত্রস্তে বিবৃদ্ধঃ পুনরেষ্যতি। অহঞ্চ তে ভবিষ্যামি আহ্বানোপগতা নৃপ। ॥৪৫॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

এতদাখ্যায় সা দেবী তত্রৈবান্তরধীয়ত। আদায় চ কুমারং তং জগামাথ যথেপ্সিতম্ ॥৪৬॥
স তু দেবব্রতো নাম গাঙ্গেয়ঃ ইতি চাভবৎ। দ্বিনামা শান্তনোঃ পুত্রঃ শান্তনোরধিকো গুণৈঃ ॥৪৭॥
শান্তনুশ্চাপি শোকার্ত্তো জগাম স্বপুরং ততঃ। তস্যাহং কীর্ত্তয়িষ্যামি শান্তনোরুত্তমান্ গুণান্ ॥৪৮॥
মহাভাগ্যঞ্চ নৃপতের্ভারতস্য মহাত্মন। যস্যেতিহাসো দ্যুতিমান্ মহাভারতমুচ্যতে ॥৪৯॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
সম্ভবে আপবোপাখ্যানং নাম ত্রিনবতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

— —(০ ——

মহারাজ। মর্ত্তালোকতা পোকপা অসিদগী শাপ ফংলবা বসুশিংবু কোক্লনবা ঐনা হায়খিব্রবা নিয়ম ইকায কাযদনা থবক অসি তৌরবনি ॥৪৩॥ মহারাজ। মহারাজগী নচাগুম পোক্লরবা দ্যুবসু হাযবসিনা বশিষ্ঠ মুনিগী শাপ ফংদুনা মতম কুইনা মর্ত্ত্যলোক অসিদ, লৈগদৌরিবনি ॥৪৪॥ মহারাজগী নচা অঙাং অসে চহি মতম কুইনা পুনশিংনা য়ায়া অহল ওইনা নোংগাখিগনি, অদুগা ঐস্থ মহারাজনা হেক হেকনীংশিংবিরকপা মতমদা হেক্লমক খুংজরগনি ॥৪৫॥

বৈশম্পায়ননা হায়খি— গঙ্গা দেবীনা ব্রা অসি হাযরম্নগা অঙাং অদু পুদুনা মফম অদুদগী মাংথোকখ্রে; অমদি চৎনীংবা মাইকৈদা চংখি ॥৪৬॥ শান্তনুগী মচা অদুগী মমিং অনিনি, অমনা "দেবব্রত" অদুগা অমনা "গাঙ্গেয়" কৌই। মতমগী মতুংইন্না শান্তনুগী মচা অসি মপা শান্তনুদগী হেন্না মতিক মগুণ চাওবা নিপা ওইখি ॥৪৭॥ অদুগী মতুংদা শান্তনুসু মুপী অমদি মচাগা কায়নবগী অৱাবনা চাক্কুনা কেংসুংদা হংঙাইতনা হনজিনখি। শান্তনুগী মগুনস্ম ঐনা মহারাজগী মফমদা হায়জগনি ॥ ৪৮ ॥ অদুগা ভরতবংশগী মহারাজ শান্তনুগী মরাইবক কবা অমদি মতিক মগুণগী ৱারীসু লীঞ্জগনি; মহাক্কী ফজরবা মতিক মগুণনা থল্লবা ইতিহাসবু লোকতা মহাভারত হায়নসু খংনরি ॥৪৯॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতা আদিপর্ব্বদা সম্ভবতা আপবোপখ্যান কৌবা মরিফুত্তরাহুমদোই শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

——(০)——

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব— সম্ভবে সত্যবতীলাভো নাম

(অরিস্ফুতরামরিশুবা অধ্যায়)

—:(*):—

বৈশম্পায়ন উবাচ।

স রাজা শান্তনুর্ধীমান্ দেবরাজর্ষিসৎকৃতঃ। ধর্ম্মাত্মা সর্ব্বলোকেষু সত্যবাদীতি বিশ্রুতঃ ॥১॥
দমো দানং ক্ষমা বুদ্ধির্হ্রীর্ধৃতিস্তেজ উত্তমম্। এতান্যাসন্ মহাসত্ত্বে শান্তনৌ ভরতর্ষভে ॥২॥
এবং স গুণসম্পন্নো ধর্ম্মার্থকুশলো নৃপঃ। আসীদ্ভরতবংশস্য গোপ্তা সর্বজনস্য চ ॥৩॥
কম্বুগ্রীবঃ পৃথ্বংসো মত্তবারণবিক্রমঃ। অন্বিতঃ পরিপূর্ণার্থৈঃ সর্ব্বৈর্নৃপতিলক্ষণৈঃ ॥৪॥
তস্য কীর্ত্তিমতো বৃত্তমবেক্ষ্য সততং নরাঃ। ধর্ম্ম এব পরঃ কামাদর্থাচ্চেতি ব্যবস্থিতাঃ ॥৫॥
এবমাসীন্মহাসত্ত্বঃ শান্তনুঃ পুরুষর্ষভঃ। ন চাস্য সদৃশঃ কশ্চিদ্ধর্ম্মতঃ পার্থিবোঽভবৎ ॥৬॥
বর্ত্তমানং হি ধর্ম্মে স্বে সর্বধর্ম্মবিদাং বরম্। তং মহীপা মহীপালং রাজরাজ্যেঽভ্যষেচয়ন্ ॥৭॥
বীতশোকভয়াবাধাঃ সুখস্বপ্নবিবোধনাঃ। পতিং ভারতগোপ্তারং সমপদ্যন্ত ভূমিপাঃ ॥৮॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়খি— শান্তনু হায়বা নিংথৌ অসি দেবতাশিংনা, নিংথৌশিংনা, অমদি ঋষিশিংনা যামনা ইকায়খুমনবা মমুক্কি লৈরবা, ধর্ম্মচেনবা অমদি অচুম্বা ঙাংবা নিংথৌ অমনি হায়না জগত্তা ফাওখি ॥১॥ ইন্দ্রিয় খুদম চনবা, পীগোকপগী শক্তি, অরানবা কোকপী হৈবা, লৌশিং, ইকায়বা থংবা, তপথবা, অতুগা খরাইগা মান্নদবা ইচংথৌবা অসিনাচিংবা গুণ খিবিক অসি মী অথোইবা, থোইনা উইনকনবা নিংথৌ শান্তনুদা লৈরম্মী ॥ ২ ॥ অসুম ওইবা গুণ চেল্লবা, ধর্ম্মনীতি অমদি অর্থনীতি দা চংথোক্লবা নিংথৌ শান্তনুনা ভরত বংশ অসিগী প্রজা পুম্নগী ঙাক শেনবা নিপা অমা ওইখি ॥৩॥ খৌরী চরমনা মোইবুংগুম্বা, পাক-চাওনা ফল্লবা লেংবান অঙিনা মহাক্কী ওইবা, অমদি ময়াই কারবা, মচুম তারবা শামুগুম্বা কল্লবা শান্তনু কৌবা নিংথৌনি. মপুং ফারবা নিংথৌগী খুদমনা তিল্লবা নিংথৌ-নি ॥৪॥ মিংচৎ চাওরবা শান্তনুগী মরমচৎ ব্যবহার উবগা প্রজাশিংনা অর্থ অমদি কাম অনিমক্তগীসু ধর্ম্মতনা হেনবোরে হায়বসি মুননা খংখি অমদি লেপ্পখি ॥ ৫ ॥ উইন কল্লবা, মরীল লৈরবা মী অথোইবা শান্তনু হায়বসি অসুক্কী মতিক মগুণ চেল্লম্মি; ধর্ম্মগী মরমদা মুন্না খংবা হৈবা মাগা মান্নবা নিংথৌ অতোপপা কনা অমতা মরৈরম্দ্রে ॥৬॥ ধর্ম্ম-খংবা পুম্নমক্কী অথোইবা শান্তনুনা, নিংথৌনা চংকদবা ধর্ম্মদা মতম লৈবা থিবিক্ত কায়দনা চৎপা উবদা নিংথৌ পুম্নমকনা মশানা রানা মহাকপু নিংথৌরেল ওইনা অভিষেক তৌখি ॥ ৭ ॥ অতোপ অতোপপা নিংথৌশিংনা শান্তনুগী মগুণতনা অবাবা অকিবা পুম্নমগী বাংম লান্না লৈরম্মি; প্রজাশিংনা অহিংদা থুম্না তুম্শিন্না, নীংকাইবা কৈতনা তুম্বা কংমম্মি অমদি হৌরম্মি; মরম অমসুংনা নিংথৌ--প্রজা পুম্নমক্না মতিক চারবা অথোয়বগী মপুসু ফংবা ঙম্মি ॥৮॥

তেন কীর্ত্তিমতা শিষ্টাঃ শক্রপ্রতিমতেজসা । যজ্ঞদানক্রিয়াশীলাঃ সমপদ্যন্ত ভূমিপাঃ ॥৯॥
শান্তনুপ্রমুখৈর্গুপ্তে লোকে নৃপতিভিস্তদা । নিয়মাৎ সর্ববর্ণানাং ধর্ম্মোত্তরমবর্ত্তত ॥১০॥
ব্রহ্ম পর্য্যচরৎ ক্ষত্রং বিশঃ ক্ষত্রমনুব্রতাঃ । ব্রহ্মক্ষত্রানুরক্তাশ্চ শূদ্রাঃ পর্য্যচরন্ বিশঃ ॥১১॥
স হাস্তিনপুরে রম্যে কুরূণাং পুটভেদনে । বসন্ সাগরপর্য্যন্তামন্বশাসদ্বসুন্ধরাম্ ॥১২॥
স দেবরাজসদৃশো ধর্ম্মজ্ঞঃ সত্যবাগৃজুঃ । দানধর্ম্মতপোযোগাচ্ছ্রিয়া পরময়া যুতঃ ॥১৩॥
অরাগদ্বেষসংযুক্তঃ সোমবৎ প্রিয়দর্শনঃ । তেজসা সূর্য্যকল্পোঽভূদ্বায়ুবেগসমো জবে ।
অন্তকপ্রতিমঃ কোপে ক্ষময়া পৃথিবীসমঃ ॥১৪॥
বধঃ পশুবরাহাণাং তথৈব মৃগপক্ষিণাম্ । শান্তনৌ পৃথিবীপালে নাবর্ত্তত বৃথা নৃপ ! ॥১৫॥
ব্রহ্মধর্ম্মোত্তরে রাজ্যে শান্তনুর্বিনয়াত্মবান্ । সমং শশাস ভূতানি কামরাগবিবর্জ্জিতঃ ॥১৬॥
দেবর্ষিপিতৃযজ্ঞার্থমারভ্যন্ত তদা ক্রিয়াঃ । ন চাধর্ম্মেণ কেষাঞ্চিৎ প্রাণিনামভবদ্বধঃ ॥১৭॥
অসুখানামনাথানাং তির্য্যগ্‌যোনিষু বর্ত্ততাম্ । স এব রাজা ভূতানাং সর্ব্বেষামভবৎ পিতা ॥১৮॥
তস্মিন্ কুরুপতিশ্রেষ্ঠে রাজরাজেশ্বরে সতি । শ্রিতা বাগভবৎ সত্যং দানধর্ম্মাশ্রিতং মনঃ ॥১৯॥

---

ইন্দ্রগা মান্নববা মিংচৎ মথৌনা লৈরবা শান্তনুগী হাক্তক্তা অতোপ অতোপপা নিংথৌশিংনা যৈথায়বা লৈতনা যজ্ঞ-দাননচিংবা ধর্ম্ম-কর্ম্ম পূম্বা লাযনা তৌবা ঙমখি ॥৯॥ শান্তনু অমদি মহাক্কী মথাদা লৈবা নিংথৌশিংনা পাল্লিবৈঙে মতমদা ব্রাহ্মণ নচিংবা জাতিগী মী পুমনমকনা তৌবা থবক পুমনমক ধর্ম্মতগী মথক্তা ননহনা তৌবম্মি ॥১০॥ ক্ষত্রিযশিংনা ব্রাহ্মণশিংবু লুনা কিনা তৌরম্মি ; বৈশ্যশিং পুমনমক ক্ষত্রিয শিংনা হায়বা ইল্লম্মি. অতুগা শূদ্রশিংনা ব্রাহ্মণ অমদি ক্ষত্রিয়শিংদা পূকনিং চংনা চংনা বৈশ্যশিংগী সেবা অহুম মতৌই ॥১১॥ নিংথৌ শান্তনুনা কুরু বংশগী নিংথৌশিংগী মমাংঙৈবগী কোনুং ওইরকপা পুকনিং হূননবগী মশক ওইরবা হস্তিনাপুর নগরদা লৈন-লৈনা সমুদ্র ফাওবা শন্দোক খ্রবা পৃথিবীগী লমদম পূমমক শাসন তৌখি ॥১২॥ শান্তনু কৌবা নিংথৌ অসি ইন্দ্রগা মান্ননা থুকল পান্নপ্রবা, ধর্ম্ম চেল্লবা, অচুম্বতা ঙাংলবা পুকচেল শেংবা নিংথৌ অমা ওইখি; অতুগা দান ধর্ম্ম তপস্যাগী শুগনা অতৈ অতোপপা অমগা মান্নদনা হিরম পূম্নমক্তা চাওথৎপা ফংলবা মীশক অমা ওইরমমি ॥১৩॥ শান্তনু হাযবা নিংথৌ অসি পোশক অমদা কা-হেন্না পামশিনবা লৈতবা অমদি কল্লক য়েংখিবা য়াওজনা নিপা অমনি; থাজগুম নিংথিবা মাইথোংনা মাগী ওইবা, থমিংকুম মঙাল মতিক চাওর্বা, লুংশিংকুম ঈচং-থৌবা. অশাওবদা যমরাজগুম্বা, খাংহৈবদা পৃথিবীগুম্বা মীনি ॥ ১৪ ॥

শান্তনুনা পাল্লিবৈঙে মতমদা বনগী শা-কৈ, ওক-শওম, শজি শঙাই অমদি শা উচেক মরম লৈতনা হাৎপা য়ারমদে ॥১৫॥ শান্তনুনা অহিংসানা অথোইবা থৎলাই ওইনা ঙাকপা মাগী লৈবাকতা লৈতুনা অপাম-থুংশিগী কা হেনবা য়াখল থাদোকতুনা থবক খুদিংদা নোললুকনা অমদি চোকশিননা জীবপানবা পুমনমকপু রাজনীতিগী নিয়ম কায়দনা য়ারক-য়াতেম তৌরমই ॥১৬॥ মাগী মতমদা দেবতা ঋষি পিতৃ লোককী পোন্নবা হোৎনবদা যজ্ঞনচিংবদা জীবপানবা অমত্তা হাৎতুনা বলিদাননচিংবা তৌদে ॥১৭॥ শান্তনু হায়বা নিংথৌ অসে অন্না-অনংবা, লায়র-চুথবা মীশিংগী অমদি মরোল থোক্তবা শা-উচেকনা-চিংবগী মামা মপা শক্না লৈরম্মি॥১৮॥ কৌরবশাগেগী অথোইবা নিংথৌরেন শান্তনুনা পাল্লিবৈঙেদা মী পুমনমক অসি হেক থাংথোরকপদা অচুম্বা মীনমদবগী মথক্তা নম্মুনা বা ঙাংলম্মি ; মী পুমনমকী-থম্মাই

স সমাঃ ষোড়শাষ্টৌ চ চতস্রোঽষ্টৌ তথা পরাঃ। রতিমপ্রাপ্নুবন্ স্ত্রীষু বভূব বনগোচরঃ ॥২০॥
তথারূপস্তথাচারস্তথাবৃত্তস্তথাশ্রুতঃ। গাঙ্গেয়স্তস্য পুত্রোঽভূন্নাম্না দেবব্রতো বসুঃ ॥২১॥
সর্বাস্ত্রেষু স নিষ্ণাতঃ পার্থিবেষিতরেষু চ। মহাবলো মহাসত্ত্বো মহাবীর্যো মহারথঃ ॥২২॥
স কদাচিন্মৃগং বিদ্ধা গঙ্গামনুসরন্নদীম্। ভাগীরথীমল্পজলাং শান্তনুর্দৃষ্টবান্ নৃপঃ ॥২৩॥
তাং দৃষ্ট্বা চিন্তয়ামাস শান্তনুঃ পুরুষর্ষভঃ। স্যন্দতে কিং ন্বিয়ং নাদ্য সরিচ্ছ্রেষ্ঠা যথা পুরা ॥২৪॥
ততো নিমিত্তমন্বিচ্ছন্ দদর্শ স মহামনাঃ। কুমারং দেবগর্ভাভং বৃহন্তং চারুদর্শনম্ ॥২৫॥
দিব্যমস্ত্রং বিকুর্বাণং যথা দেবং পুরন্দরম্। কৃৎস্নাং গঙ্গাং সমাবৃত্য শরৈস্তীক্ষ্ণৈরবস্থিতম্ ॥২৬॥
তাং শরৈরাবৃতাং দৃষ্ট্বা নদীং গঙ্গাং তদন্তিকে। অভবদ্বিস্মিতো রাজা কর্ম দৃষ্ট্বাতিমানুষম্ ॥২৭॥
জাতমাত্রং পুরা দৃষ্ট্বা তং পুত্রং শান্তনুস্তদা। নোপলেভে স্মৃতিং ধীমানভিজ্ঞাতুং তমাত্মজম্ ॥২৮॥
স তু তং পিতরং দৃষ্ট্বা মোহয়ামাস মায়য়া। সংমোহ্য তু ততঃ ক্ষিপ্রং তত্রৈবান্তরধীয়ত ॥২৯॥
তদদ্ভুতং তদা দৃষ্ট্বা তত্র রাজা স শান্তনুঃ। শঙ্কমানঃ সুতং গঙ্গামব্রবীদ্দর্শয়েতি হ ॥৩০॥
দর্শয়ামাস তং গঙ্গা বিভ্রতী রূপমুত্তমম্। গৃহীত্বা দক্ষিণে পাণৌ তং কুমারমলঙ্কৃতম্ ॥৩১॥

---

হকচাং অমত্ত দানধর্মাতদা লুপতুনা লৈরম্মি ॥১৯॥ শান্তনু মহাবাক্তনা পুনশিংগী অবোইবা শকককী চহী কুন্থ্রা ত্তরুক চুপনা মুপী-নহাগী মাখল থাদোকতুনা বনবাসী ওইখি ॥২০॥ শান্তনুগী মচা "গাঙ্গেয়" হায়বা অমিস্ত মপাগী মতৌগুম মশক মতৌ ফজবা, লমচৎ ন্যবহার নিংখিবা অমদি যামনা জ্ঞানলৈবা নিপা অমা ওইরম্মি; অমগা থাক্লৈশেংবস্তু মশামক বসু দেবতানি, অমমদি ওইরবদা মর্ত্যলোককী মীগী মমিংগুম মাবু "দেবব্রত" হায়না কৌরম্মি ॥২১॥

গাঙ্গেয় অসি খুৎলাই মখল লোইনা লৈরম্মি, অতোপ অতোপপা ক্ষত্রিয়মচাশিংদগী থোইদোক হেন্দোকনা মপাঙ্গল মথৌনা লৈবা, তেজকনবা, নোম্বা উইন কনবা অমদি অকাওবা মহারথী অমা ওইখি ॥২২॥ নোংমদি অসোমদা নিংথৌ শান্তনুনা শজি অমবু তেননা থাক্তুনা শজি অতবু অমুম— অমুম তাম্রবকপদা গঙ্গা মপান্দা থুংখি; অমুম যেংখিবদা গঙ্গাগী ঈশিং অদো থোইদোকনা য়াবলদে।২৩॥ গঙ্গাবু উবদা নিংথৌ শান্তনুনা পুকনিংদা অমুম খনখি— ঙসিগী তুমিত্তা তুরেল অথোইবী গঙ্গানা হায়গী মতৌগুম কম্না চেন্ত্রিবা করিগীনো? ॥২৪॥ অদুগী মতুংদা গঙ্গাগী ওইরিবা কীবম অদুগী মরম অমুম থিরকপদা করি উবগে হায়ববু লাইমচাগুম যজরবা, মরেপকা মঙ্গারলা য়েংলেবা— মরেপনা ওম্বা, অঙাং অমনা ইন্দ্ররাজগী মতৌগুম লাইগী ওইবা তেনশিংনা কাপলা-কাপলদুনা গঙ্গাগী ঈশিং অদুবু পূনকুপ কুপশিন্দুনা গঙ্গাদুগী তোর্বান্দা ফমদুনা শান্তনুনা লৈরম্মি ॥২৫—২৬॥ মতম অদদা নিংথৌ শান্তনুনা গঙ্গা মপান্দা লৈদুনা গঙ্গা অদুবু তেনতনা পূমকুপ কুপশিন্দুনা লৈরবা অদু উবদা অঙাং অদুগী মী খঙ্গাইগা মান্নদবা শক্তি অদু উবদা থোইনা ঙকখি ॥২৭॥ মমাগী অঙাং হেক পোকপা মুমিত্তা অঙাং অদুবু নিংথৌনা উখিবনি; অদুনা অঙাং অদুনা মাগী মচানিং হায়দনী তাংদাংবা খুদম উবা যংঙমদে ॥২৮॥ অদুবু অঙাং অদুদি মপাবু উবদা মহা ওইবগী মখিবা মায়ানা মহাকীবু শুম্বাৎলম্লগা মিকুপ অমগী মমুংদা মাংথোকখ্রে ॥২৯॥

নিংথৌনা অদুকপা থৌদোক অদু উবদা লৈরম্বা অঙাং অদু মচানি হায়বা খলদুনা, গঙ্গাদা— কৌরুনা হায়রকই— গঙ্গা অঙাং অদু অমুক্কা উহলু ॥৩০॥ গঙ্গানা মতুম অদদা মিংথিরবা, মুর্তি

অলঙ্কৃতামাভরণৈর্বিরজোহম্বরধারিণীম্। দৃষ্টপূর্বামপি স তাং নাভ্যজানত শান্তনুঃ ॥৩২॥

গঙ্গোবাচ।

যং পুত্রমষ্টমং রাজংস্ত্বং পুরা ময্যবিন্দথাঃ। স চায়ং পুরুষব্যাঘ্র ॥ সর্বাস্ত্রবিদনুত্তমঃ ॥৩৩॥

গৃহাণেমং মহারাজ! ময়া সংবর্দ্ধিতং সুতম্। আদায় পুরুষব্যাঘ্র! নয়স্বৈনং গৃহং বিভো ॥৩৪॥

বেদানধিজগে সাঙ্গান্ বশিষ্ঠাদেব বীর্য্যবান্। কৃতাস্ত্রঃ পরমেষ্বাসো দেবরাজসমো যুধি ॥৩৫॥

সুরাণাং সম্মতো নিত্যমসুরাণাঞ্চ ভারত। উশনা বেদ যচ্ছাস্ত্রময়ং তদ্বেদ সর্বশঃ ॥৩৬॥

তথৈবাঙ্গিরসঃ পুত্রঃ সুরাসুরনমস্কৃতঃ। যদ্বেদ শাস্ত্রং তচ্চাপি কৃৎস্নমস্মিন্ প্রতিষ্ঠিতম্ ॥৩৭॥

তব পুত্রে মহাবাহো! সাঙ্গোপাঙ্গং মহাত্মনি। ঋষিঃ পরৈরনাধৃষ্যো জামদগ্ন্যঃ প্রতাপবান্ ॥৩৮॥

যদস্ত্রং বেদ রামশ্চ তদপ্যস্মিন্ প্রতিষ্ঠিতম্। মহেষ্বাসমিমং রাজন্! রাজধর্মার্থকোবিদম্ ॥৩৯॥

ময়া দত্তং নিজং পুত্রং বীরং বীর! গৃহং নয়। ইত্যুক্তা সা মহাভাগা তত্রৈবান্তরধীয়ত ॥৪০॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

তয়ৈবং সমনুজ্ঞাতঃ পুত্রমাদায় শান্তনুঃ। ভ্রাজমানং যথাদিত্যমায়যৌ স্বগৃহান্ প্রতি ॥৪১॥

---

লৌদুনা য়েথংবা খুৎ তিংথোরকতুনা অদুং অতবু পুথোরকতুনা নিংথৌনা উহনখি ॥৩১॥ মতম্‌ দুদা গঙ্গাদেবী আস মথল মথা অযাম্বা ফীজোল অমদি নিথিরুবা মণি মুক্তানা লৈতেংলম্মি ; চৌরোক চৌবা ফীজোল শেংলম্মি, নিংথৌনা মাবু মমাংদা উথ্রবনি, অদুগা মাগা তিন্নথ্রবনি, অদুবু— মশক খংখিদে ॥৩২॥ গঙ্গানা হায়খি— মহারাজ! অদুদৈ ঐগী গর্ভদা নিপালগুবা মচা অমা পো-কখিবদো অদুং অসিনি, মসে হৌজিক্কি থুথনাই হৈবগী মনুংদা থবাইদগী হেনবা, অথৌবা খুৎলাই হৈবা অমা ওইরবনি ॥৩৩॥ মহারাজ! ঐনা নচাসিবু চাওননবা য়োক্লবনি ; অদুনা হৌজিকতি মাবু লৌশিনবিরো, মাবু কোনুংদা পুখিদুনা যোকপিকরো ॥৩৪॥ মাসে হৌজিকতি অকনবা নিপা অমা ওইরবনি, বশিষ্ঠগী মফমদা অঙ্গ তরুককা লোয়নবা বেদ মরি লোইনা তমথ্রবনি, ধনুর্বিদ্যানা-চিংবা অস্ত্রবিদ্যা পুমনমক তমদুনা হৈথ্রবনি, লীরুং পায়বশিংগী মনুংদা থবাইদগী অহেনবা অমা ওইরবনি ; লানফমদা ইন্দ্রমককা অমা ওইরবনি ॥৩৫॥ মহারাজ! নচা ইবুঙো অসে মতম অয়াম্ব-দা দেবতাশিং অমদি দৈত্য-দানবশিংগীশু নুংশিনফম অমা ওইরবনি, অদুগা শুক্রাচার্য্যনা হৈবা মহৈ পুম্বা মহাক অসিমু হৈরবনি ॥৩৬॥ অদুগা দেবতা অমদি অসুরশিংনা ইকাই-খুম্নরিবা বৃহস্পতিনা হেক হৈরিবা শাস্ত্র পুমনমক অমদি অঙ্গ থিবিককা লোয়নরবা শাস্ত্রগী জ্ঞান পুমনমক নচা অসিনা লৈরবনি ; অদুগা অমনা ভ্রমযত্রবা মতিক মগুণ চাওরবা পরশুরামমকনা হৈবা খুৎলাই পুম্বা অদুং অসিনা হৈরবনি ; মরম অদুনা মহারাজ! মহারথী ওইরবা অমদি রাজনীতি লোইনা হৈরবা, ঐনা পীরিবা কনবা নচা অসে কোনুং তাম্না পুখিখ্রো, অসি হায়রুনা অদুং অহ থনম্নগা মফমদদগী গঙ্গাদেবীদু মাংখোকখি ॥৩৭—৪০॥

বৈশম্পায়ননা হায়খি — গঙ্গা দেবীনা মতৌ অসুম্না য়াথং পীরবদা শান্তনু মহারাজনা মশিংৎকী

পৌরবস্ত গৃহং গত্বা পুরন্দরগৃহোপমম্। সর্ব্বকামসমৃদ্ধার্থং মেনে সোঽঽত্মানমাত্মনা ॥৪২॥
পৌরবেষু ততঃ পুত্রং রাজ্যার্থমভয়প্রদম্। গুণবন্তং মহাত্মানং যৌবরাজ্যেঽভ্যষেচয়ৎ ॥৪৩॥
পৌরান্ স শান্তনোঃ পুত্রঃ পিতরঞ্চ মহাযশাঃ। রাষ্ট্রঞ্চ রঞ্জয়ামাস বৃত্তেন ভরতর্ষভ ! ॥৪৪॥
স তথা সহ পুত্রেণ রমমাণো মহীপতিঃ। বর্ত্তয়ামাস বর্ষাণি চত্বার্য্যমিতবিক্রমঃ ॥৪৫॥
স কদাচিদ্বনং যাতো যমুনামভিতো নদীম্। মহীপতিরনির্দ্দেশ্যমাজিঘ্রদ্গন্ধমুত্তমম্ ॥৪৬॥
তস্য প্রভবমন্বিচ্ছন্ বিচচার সমন্ততঃ। স দদর্শ তদা কন্যাং দাসানাং দেবরূপিণীম্ ॥৪৭॥
তামপৃচ্ছৎ স দৃষ্ট্বৈব কন্যামায়তলোচনাম্। কস্য ত্বমসি কা বাসি কিঞ্চ ভীরু! চিকীর্ষসি ॥৪৮॥
সাব্রবীদ্দাসকন্যাস্মি ধর্ম্মার্থং বাহয়ে তরিম্। পিতুর্নিয়োগাদ্ভদ্রন্তে দাসরাজ্ঞো মহাত্মনঃ ॥৪৯॥
রূপমাধুর্য্যগন্ধৈস্তাং সংযুক্তাং দেবরূপিণীম্। সমীক্ষ্য রাজা দাসেয়ীং কাময়ামাস শান্তনুঃ ॥৫০॥
স গত্বা পিতরং তস্য বরয়ামাস তাং তদা। স চ তং প্রত্যুবাচেদং দাসরাজো মহীপতিম্ ॥৫১॥
জাতমাত্রৈব মে দেয়া বরায় বরবর্ণিনী। হৃদি কামস্তু মে কশ্চিত্তং নিবোধ জনাধিপ ॥৫২॥
যদীমাং ধর্ম্মপত্নীং ত্বং মত্তঃ প্রার্থয়সেঽনঘ। সত্যবাগসি সত্যেন সময়ং কুরু মে ততঃ ॥৫৩॥

---

মতৌগুম তেঙ্গ লৈরবা মচা নিপাচুবু পুতুনা কোম্মুং তাম্ন চংখি ॥৪১॥ নিংথৌ শান্তনুনা ইন্দ্রগী কোম্মুং অমরাবতী পুরগা মান্নানা নিংথিজরবা মাগী কোম্মুংদা যৌরবদা মপুক্নিংদা মশা মথন্তবু নীংবা থুংলবনি হায়না খল্লম্মি ॥৭২॥ অতুগী মতুংদা, থর লৈবগা, মগুণ চেন্নবা, পূকচেল চাওববা অমদি অকিবা চিংনবা কোকহনবা ভম্বা মচানিপা অসিবু লৈপাক্কী মঙ্গলগীদমক যুবরাজ ওইনা অভিষেক তৌখি ॥৪৩॥ শান্তনু নিংথৌগী মচা মিংচং-চাওরবা দেবব্রতনা মহাক্কী মতিক-মগুণ অমদি মরমচংনা মপাবু অমদি প্রজা পুম্নমকপু মুংশিবগা লোয়ননা লাংতক্নহনখি ॥ ৪৪ ॥ মতৌ অসুম্না নিংথৌ শান্তনুনা মচা অফবা ফংবগী মুংঙাইবা ফংহনা য়াম্না মথন্নাই মুংঙাইনা চহী মরি লেনখি ॥৪৫॥ অমগী মতুংদা নোংমা, নিংথৌ শান্তনুনা যমুনা তুরেলগী তোর্ব্বান্দা লৈবা বন অমদা অসুম কোয়খিবদা, হায়কম লৈতনা মুংশিরবা মনম অমা নমখি ॥৪৬॥

মনম অতুগী লাককম অহু অসুম থিরকপদা বনগী মাইকৈ মরিমক্তা কোয়চং চংখি; মতম অদুদা লাইগী মচাগুম্বী ফজরবী কন্যা অম উখি ॥৪৭॥ মমিং মিত্তা ফজরবী কন্যা অদুবু উবদা নিংথৌনা হংখি—ইবেম্মা! নংবু কনানা পোকপনো? নমিং করি কৌনগে? করিগীদমক্তা মকম অসিদা লৈরিবনো? ॥ ৪৮॥ কন্যাদুনা খুম্মি—ঐদি ভা ফাবগী মচা মুপীনি। দাস জাতিগী লুচিংবা, পূকচেল চাওরবা ইপাগী য়াথংগী মতুংইন্না অমদি জাতি-ধর্ম্মবু ভারুবগী দমক্তা হি হোঙ্গরি; মঙ্গল ওইবিয়ু ॥৪৯॥ নিংথৌ শান্তনুনা দাসকন্যা অদুগী লাইরেম্বীগুম ফজরবা মশক মতৌ অমদি মুংশিরবা হকচাংগী মনম উবদা অমদি তাবদা থুদক্তা কন্যা অদুগা লোয়ননা শাননিংখি ॥৫০॥

অমগী মতুংদা নিংথৌ শান্তনুনা দাসরাজগী মনাক তাম্না চংখিদুনা মাগী মচানুপীবু নিরুই; মতম অদুদা দাসশিংগী লুচিংবদুনা নিংথৌ শান্তনুদা হায়খি - মহারাজ! মচা নুপী কন্যা পোক্লবাদি কনাগুম্বা মতিক চাবা বর অমদা দান তৌবা হায়বসিদি শোয়দ্রবা পোৎ অমনি; অদুদা ঐগী পুক্নিংদা অপাম্বা অমতংদি, মাদু অমুক্ত তাবিযো ॥৫১ ৫২॥ মহারাজনা ঐগী ইচা নুপী অসিবু পাম্বিরবদি

সময়েন প্রদত্তাং তে কন্যামেতামহং ! নহি মে ত্বৎসমঃ কশ্চিদ্বরো জাতু ভবিষ্যতি ॥৫৪॥

শান্তনুরুবাচ।

শ্রুত্বা তব বরং দাস ! ব্যবস্যেয়মহং তব। দাতব্যং তে প্রদাস্যামি ন ত্বদেয়ং কথঞ্চন ॥ ৫৫॥

দাস উবাচ।

অস্যাং জায়েত যঃ পুত্রঃ স রাজা পৃথিবীপতে ! ত্বদূর্দ্ধমভিষেক্তব্যো নান্যঃ কশ্চন পার্থিব ॥ ৫৬॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

নাকাময়ত তং দাতুং বরং দাসায় শান্তনুঃ। শরীরজেন তীব্রেণ দহ্যমানোঽপি ভারত ॥ ৫৭॥

স চিন্তয়ন্নেব তু তাং দাসকন্যাং মহীপতিঃ। প্রত্যায়াদ্ধাস্তিনপুরং কামোপহতচেতনঃ ॥৫৮॥

ততঃ কদাচিচ্ছোচন্তং শান্তনুং ধ্যানমাস্থিতম। পুত্রো দেবব্রতোঽভ্যেত্য পিতরং বাক্যমব্রবীৎ ॥৫৯॥

সর্ব্বতো ভবতঃ ক্ষেমং বিধেয়াঃ সর্ব্বপার্থিবাঃ। তৎ কিমর্থমিহাভীক্ষ্ণমভিশোচসি দুঃখিতঃ ॥৬০॥

ধ্যায়ন্নিব চ মাং রাজন্ ! নাভিভাষসি কিঞ্চন। ন চাশ্বেন বিনির্যাসি বিবর্ণো হরিণঃ কৃশঃ ॥৬১॥

ব্যাধিমিচ্ছামি তে জ্ঞাতুং প্রতিকুর্য্যাং হি তত্র বৈ। এবমুক্তঃ স পুত্রেণ শান্তনুঃ প্রত্যভাষত ॥৬২॥

---

অমদি লৌবিগে হায়রবদি তাকপিরিবা অসিমক অচুম্বনি হায়না ঐগী মংদা সত্য অমতংদি তৌনিখো ॥৫৩॥ মহারাজ ! মহারাজনবু রাশকপিরবদি শোযদনা মহারাজগী খুত্তা ইচানুপীসি কচ্চগে। মরমদি করিগুম্বা মতমদা ঐগী পুনসিদা মহারাজগুম্বা ইক্লাক অমতা ফংজবা ভম্মবোইদবনি ॥৫৪॥ শান্তনুনা হায়খি —দাসরাজ ! নংগী অপাম্বা করিনো হায়ু ; মাদু তারগা ঐ শোযদনা মাদু থুংননবা হোৎনগে ; অহমদি ওইববদা দান অদু পীবদা অমদি লৌবদা মতিক চাববা অহ ওইরবদি পীগনি ; অদু নত্রবদি পীব ঙমলোই ॥৫৫॥ দাসরাজনা হায়খি — মহারাজনী ঔবসদগী কন্যা অসিগী গর্ভদা পোকপা নচানা নিংথৌ ওইগদবনি ; মাদুগীদমক্তা মাবু হান্না যুবরাজ ওইনা অভিষেক তৌবা অসিনি , অদুগা মহারাজনা কনাগুম্বা অমত্তবু তুংদা নিংথৌ ওইননবা অভিষেক তৌবিবা যারোইদ্রে, অসিনি ॥৫৬॥

বৈশম্পায়ননা হায়খি — মহারাজ ! শান্তনুনা ফনা য়াম্না কামাতুর ওইদনসু ভা ফাবা নিপা অদুদা অদুগুম্বা বরদান অদু পীনিংদ্রে ॥ ৫৭ ॥ অদুমদি ওইরবদ৷ কামগী মৈনা থম্মোই অহ চাক্তুনা জ্ঞান ইতা তাদবগুম দাসরাজগী মচানুপী অহদা নীংশিংদুনা হাস্তিনাপুর তান্না চংখি ॥ ৫৮ ॥ অদুগী মতুংদা নোংম দাসকন্যা অদুবু নীংশিংলুবদা শান্তনুনা ঙমশৈ লৈত্তনা মপুক্লিংদা ৱারম্মি, অৱাবা মাইথোং উত্তুনা লুংশুক লুংক্তাননা তুমিন্না ফমদুনা লৈরিঙৈ তাঙ্গাহৃদা মচা দেবব্রত লাকতুনা মঙোন্দা হায়খি ॥ ৫৯ ॥ পিতৃদেব ! মাইকৈ পুম্বদা পাবুং মহারাজগী মঙ্গলগী মঙ্গল মক্তওইনা লৈবা উরি ; নিংথৌ অয়াম্বনা মহারজগী নখা পোন্না লৈরি ; অসি য়োনা হুংঙাইনা লৈবিবা মক্তদা করিগী দমক্তা পাবুং মহারাজনা চাদ লৈতবা মীগী মতৌগুম অহুক য়ানা, মাইথোং লাংশিন্না মতম লেনবিরিবগে ? ॥ ৬০ ॥ মহারাজ ! ধ্যান যোগীগী মতৌগুম লৈবিদুনা ঐঙোন্দা অসিনি অসিনি হায়বা য়া অমতম্ম তাকপিদনা তুমিন লৈবিবি ; নোংমত্তু শগোল তোংদুনা মৃগয়ানচিংবগী দমক লেংথোক খোত্তোকপসু তৌবিদ্রে, হকচাংসু কুচু কুমেন করিমত্তা য়াওখিদ্রে ; তাইযেং তাইশ্রে, অদুগা কংশিনখ্রে ! ॥ ৬১ ॥ মহারাজগী থম্মোইগী লায়না অদো য়াম্না খংজনিংঙি, মরমজি মাদু খংদোক্লগা কোক্লনবা হোৎনজগনি অমদি ঙমস্ম ঙমজগনি ; মচানা অম্সুম হায়রক্লবদা

অসংশয়ং ধ্যানপরঃ যথা মাথ তথা শৃণু। অপত্যং ত্বমেবৈকঃ কুলে মহতি ভারত ॥৬৩॥
শস্ত্রনিত্যশ্চ সততং পৌরুষে পর্য্যবস্থিতঃ। অনিত্যতাঞ্চ মর্ত্ত্যানামতঃ শোচামি পুত্রক ॥৬৪॥
কথঞ্চিত্তব গাঙ্গেয়! বিপত্তৌ নাস্তি নঃ কুলম্। অসংশয়ং ত্বমেবৈকঃ শতাদপি বরঃ সুতঃ ॥৬৫॥
ন চাপ্যহং বৃথা ভূয়ো দারান্ কর্ত্তুমিহোৎসহে। সন্তানস্য বিবৃদ্ধ্যর্থং কাময়ে ভদ্রমস্তু তে ॥৬৬॥
অনপত্যতৈকপুত্রত্বমিত্যাহুর্ধর্ম্মবাদিনঃ। অগ্নিহোত্রং ত্রয়ী বিদ্যাসন্তানমপি চাক্ষয়ম্ ॥৬৭॥
সর্ব্বাণ্যেতান্যপত্যস্য কলাং নার্হন্তি ষোড়শীম্। এবমেতন্মনুষ্যেষু সর্ব্বং সর্ব্বপ্রজাস্বিতি ॥৬৮॥
যদপত্যং মহাপ্রাজ্ঞ! তত্র মে নাস্তি সংশয়ঃ। এষা ত্রয়ী পুরাণানাং দেবতানাঞ্চ শাশ্বতী ॥৬৯॥
ত্বঞ্চ শূরঃ সদামর্ষী শস্ত্রনিত্যশ্চ ভারত! নান্যত্র যুদ্ধাত্তস্মাত্তে নিধনং বিদ্যতে ক্বচিৎ ॥৭০॥
সোঽস্মি সংশয়মাপন্নস্ত্বয়ি শান্তে কথং ভবেৎ। ইতি তে কারণং তাত! দুঃখস্যোক্তমশেষতঃ ॥৭১॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

ততস্তৎ কারণং রাজ্ঞো জ্ঞাত্বা সর্ব্বমশেষতঃ। দেবব্রতো মহাবুদ্ধিঃ প্রযযাবনুচিন্তয়ন্ ॥৭২॥

---

নিংথৌ শান্তনুনা খুম্নকই ॥ ৬২ ॥ ইবুংঙো! নংনা ইপাবু ধ্যান তৌগনা ভাক্ত লৈ হায়বদো অচুম্বনি; "মাহাক্কী মরম হায়গে তাও। ঐখোয়গী পাক চাওরবা বংশ অনিদা লৈরিবা শাগেগী পিবা হায়ববু নং তনিদো ইবুংঙো! ॥ ৬৩ ॥ অতুদা নংনস্তু হুমিৎ চুপপা মথৌনা নপাঙ্গল উৎপগী অমদি নিপাথোক্ক থবক তৌবগী মরমতদা পুক্নিং চংহুনা, থুংগু থুংলাইদ হোৎনজনা লৈবেদো; মীওইবগী পুন্সি হায়বসে অবেপপা লৈত্তেদকো; অসি পুমননক খল্লুবদা ঐ অসি ঋাহনা ভাক্ত লৈরিবনিনে দেবব্রত! ॥ ৬৪ ॥ কবিনা হায়ববু নঙোন্দা কবিতম্বা থুদোংথীবা অমত্তং হেক তারকপাদা ঐখোয়গী অস্থুক চাওবা ভরতশাগে অসিদি মাংলেদো। মবম অত্তনা ইচা চামদগীসু নংতনা ঐঙোন্দদি অথোইবনি; হিরম অসিদা করিমতা চিংনফম লৈত্তবনি ॥ ৬৫ ॥

মরম অতুদা ইচা পোক্লমবা, ইচা মশীং হেন্নবা মুপী নহী অমমুক থিবগী ঋাথলস্থ তৌরবনি। নংগী মঙ্গল ওইনবগীদমক্তা ইপানা হুমিৎচুপ্পা মংহুদা থন্দুনা লৈরিবনি ॥৬৬॥ অহুর্মদি ওইরবা বেদ খংবা হৈবশিংনা হায়নবা অমা লৈ, "মাতুদি মচা অমত্তা পোকপদি ইপোক পোক্তবগা অমানি; অহগা অগ্নিহোত্র তৌবা, বেদ তম্বা, অত্তৎ-অথম লৈত্তনা বিদ্যা ধর্ম্ম প্রচার তৌবা পুম্নমক অসিনা মচানিপা অমতা পোকপগী মহৈগী শকক তরা তকক থোক্লগা শকক অমগীসু মহৈ ফংবা ঙমদে। হায়ম্নিবসে ইবুঙো! থৱাই পানবা পুম্নমক্তা শিজিন্নগদবা ঋানি ॥৬৭—৬৮॥ গাঙ্গেয়! মচা হায়নসি মঙ্গল পুমনমক পীনবগী মশক্নি হায়বসিদা করিমতা চিংনদে। হায়রিবা " হিরম অসি বেদ অমদি থাইনগী অহল লমনশিংনা অমদ দেবতাশিংমক্লস, য়ানশুবা পোৎ অমনি ॥৬৯॥

নংসি অকনবনি; লান্দা শোক্লদুনা লৈবিবনি অমদি লান্দা ভমদুনক্তা লৈরিবনি। নুমিৎ চুপ্পা খুদোলাইবা অভ্যাস তৌদুনা লৈরে; অতুনা লাল নত্তনা নংগী মৃত্যুগী থক্ম অমা লৈরোই ॥৭০॥ অরম অতুগা ইবুঙো! ঐনা চিংনরিবা ঋাবিবা হায়ববু নং অসিনা লৈত্রবা কান্দা ঐখোয়গী বংশ অনিগী অরি অরুম্না ওইগনগে হায়বদো অদুতনি। ঐগী অৱাবগী মরম পুমনমক নঙোন্দা শোইনা হায়রদোক্লবনি ॥৭১॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি—অদুগী মতুংদা থোইদোক্পা শিংলবা দেবব্রতনা মপা শান্তনুগী অৱাবা থোক্লকপগী মরম মুম্না খংলদুনা, হিরম অদুগী মরমদা খল্লখল্লদুনা চৎখে ॥৭২॥

অভ্যাগচ্ছত্তদা চাশু বৃদ্ধামাত্যং পিতুর্হিতম্। তমপৃচ্ছত্তদাভ্যেত্য পিতুস্তচ্ছোককারণম্ ॥৭৩॥
তস্মৈ স কুরুমুখ্যায় যথাবৎ পরিপৃচ্ছতে। বরং শশংস কন্যাং তামুদ্দিশ্য ভরতর্ষভ ॥৭৪॥
ততো দেবব্রতো বৃদ্ধৈঃ ক্ষত্রিয়ৈঃ সহিতস্তদা। অভিগম্য দাসরাজং কন্যাং বব্রে পিতুঃ স্বয়ম্ ॥৭৫॥
তং দাসঃ প্রতিজগ্রাহ বিধিবৎ প্রতিপূজ্য চ। অব্রবীচ্চৈনমাসীনং রাজসংসদি ভারত ॥৭৬॥
ত্বমেব নাথঃ পর্য্যাপ্তঃ শান্তনোঃ পুরুষর্ষভ। পুত্রঃ শস্ত্রভৃতাং শ্রেষ্ঠঃ কিন্তু বক্ষ্যামি তে বচঃ ॥৭৭॥
কো হি সম্বন্ধকং শ্লাঘমীপ্সিতং যৌনমীদৃশম্। অতিক্রামন্ন তপ্যেত সাক্ষাদপি শতক্রতুঃ ॥৭৮॥
অপত্যঞ্চৈতদার্য্যস্য যো যুষ্মাকং সমো গুণৈঃ। যস্য শুক্রাৎ সত্যবতী সম্ভূতা বরবর্ণিনী ॥৭৯॥
তেন মে বহুশস্তাত। পিতা তে পরিকীর্ত্তিতঃ। অর্হঃ সত্যবতীং বোঢ়ুং ধর্ম্মজ্ঞঃ স নরাধিপঃ ॥৮০॥
অসিতো হ্যপি দেবর্ষিঃ প্রত্যাখ্যাতঃ পুরা ময়া। সত্যবত্যা ভৃশং চার্থী স আসীদৃষিসত্তমঃ ॥৮১॥
কন্যাপিতৃত্বাৎ কিঞ্চিত্তু বক্ষ্যামি ত্বাং নরাধিপ! বলবৎসপত্নতামত্র দোষং পশ্যামি কেবলম্ ॥৮২॥
যস্য হি ত্বং সপত্নঃ স্যা গন্ধর্বস্যাসুরস্য বা। ন স জাতু সুখং জীবেত্ত্বয়ি ক্রুদ্ধে পরন্তপ ॥৮৩॥

---

মতম অদুদা মপাগী কান্নবতা থল্লবা অহল ওইরবা মন্ত্রীগী মফমদা চৎখি, মন্ত্রী মফমদা মপাগী অৱাবগী থাংগৈশেংবা মরম অদু হংখি ॥ ৭৩ ॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা জনমেজয়! অহল ওইরবা মন্ত্রী অদুনা দেবব্রতগী মফমদা হায়খি— "দেবব্রত! দাসরাজগী মচানুপী সত্যবতী হায়বীদুগী মফমদা মহারাজ শান্তনুগী অপাম্বা ঙমা খংহৌদনা পোকখ্রে" ॥৭৪॥ অদুগী মতুংদা দেবব্রতনা অহল ওইরবা ক্ষত্রিয় পাত্র-মিত্র পুন্নমক্কা লোয়ননা দাসরাজগী মফমদা চৎখিদুনা মপাগীদমক্তা মচানুপী সত্যবতীবু পীয়ু হায়রুরে ॥৭৫॥ মতম অদুদা দাসরাজনা য়াম্না ইকায় খুম্মনা, তরাম তরাম্না দেবব্রতবু মহাক্কী সভাদা পুশিনখি, অমসুং মতিক চানা পূজা নচিংবা তৌরগা আসনদা নিংথিনা ফম্লবা দেবব্রতগী মফমদা হায়খি ॥৭৬॥ নিপাগী মসুংদা অথোইবা! নহাক্তি শান্তনু মহারাজগী মচানি, শা-লালগী খুৎশু-খুলাই লোইনা হৈরবনি, অদুনা মহারাজগী মতিক চারবা, লৈপাক অসি পুথি হোনবা অমা ওইনা লৈরবনি. অদুদা তথোইবা নংগোন্দা ঐনা করি হেন্না অমুক হায়ফম তাক্কফম লৈবগে ॥ ৭৭ ॥

- সংসারদা করম্বা মীনা অসুমনা তান্নফম অমদি পামযম থোক্লবা লৌন-লৈনবগী সম্বন্ধবু ইন্থোকতুনা তুংদা সুভাইতবা নীংঙমদবা তৌদবগে? ইন্দ্র মশামবসু, বিবাহগী অসিগুম্বা সম্বন্ধবু লংথোক্লগা তুংদা অনুতাপ তৌরিবনি ॥৭৮॥ কন্যা অসিদি অচৌবা শাগৈদা পোকলবা, মতিক মগুণ চাওরবা— উপরিচর হায়বা নিংথৌ অদুগী ঔরসদগী পোকপনি, মপা-মপু হৌরকফম, শাগৈ জাৎ, হিরম পুম্নমক্তা য়েনেবদা নখোয়গা লাম্বা চারিবা নিংথৌ অদুনা পোকখিবী, করিমত্তা য়াত্রবী সত্যবতী কৌবী কন্যানি ॥৭৯॥ ইবুঙো! উপরিচর হায়বা নিংথৌ অদুনা হন্না হন্না ঐঙোন্দা নপাবুং মহারাজ শান্তনুগী মতিক মগুণ লোইনা লীরম্মবনি; মহাকনা করি হায়রম্বগে হায়ববু ধর্ম্মচেন্নবা শান্তনু কৌবা নিংথৌতনা সত্যবতী লৌবদা মতিক চাই ॥৮০॥ অদু হায়রম্লগা তুংদা নোংমা দেবর্ষি অসিত মুনিসু সত্যবতীবু পীয়ু, হায়রম্মবনি; মহাক অসো মর্ত্যলোক অসিদা খরাইদগী চাওবা ঋষি অমনি, অদুবু ঐনা মঙোন্দা কন্যা অসি পীখিদ্রবনি ॥৮১॥ অদুনা রাজকুমার! কন্যা অসিগী মপা অমা ওইনা ঐ না অমতং হায়জবা তারে, নপাবুং মহারাজ শান্তনুগা কন্যা অসিগা এনিসিগী বিবাহদা লৈগদৌরিবা অচৌবা দোষ হায়ববু থোইদোকনা চাওরবা য়েরবা অমনা পুনশি চুপ্প নেপ হুনা লৈবিবা তারে ॥৮২॥ মরমদি নংগুম্বা মীথোই

এতাবানত্র দোষো হি নান্যঃ কশ্চন পার্থিব ! এতজ্জানীহি ভদ্রং তে দানাদানে পরন্তপ ॥৮৪॥
বৈশম্পায়ন উবাচ ।
এবমুক্তস্ত গাঙ্গেয়স্তদ্‌যুক্তং প্রত্যভাষত । শৃণ্বতাং ভূমিপালানাং পিতুরর্থায় ভারত ॥৮৫॥
ইদং মে ব্রতমাদৎস্ব সত্যং সত্যবতাং বর । নৈব জাতো ন চাজাত ঈদৃশং বক্তুমুৎসহেৎ ॥৮৬॥
এবমেতৎ করিষ্যামি যথা ত্বমনুভাষসে । যোঽস্যাং জনিষ্যতে পুত্রঃ স নো রাজা ভবিষ্যতি ॥৮৭॥
ইত্যুক্তঃ পুনরেবাথ তং দাসঃ প্রত্যভাষত । চিকীর্ষুর্দুষ্করং কর্ম্ম রাজ্যার্থে ভরতর্ষভ ॥৮৮॥
ত্বমেব নাথঃ পর্য্যাপ্তঃ শান্তনোরমিতদ্যুতেঃ । কন্যায়াশ্চৈব ধর্ম্মাত্মন্ ! প্রভুর্দানায় চেশ্বরঃ ॥৮৯॥
ইদন্তু বচনং সৌম্য কার্য্যঞ্চৈব নিবোধ মে । কৌমারিকাণাং শীলেন বক্ষ্যাম্যহমরিন্দম ॥৯০॥
যত্ত্বয়া সত্যবত্যর্থে সত্যধর্ম্মপরায়ণ ! রাজমধ্যে প্রতিজ্ঞাতমনুরূপং তবৈব তৎ ॥৯১॥
নান্যথা তন্মহাবাহো ! সংশয়োঽত্র ন কশ্চন । তবাপত্যং ভবেদ্‌যত্তু তত্র নঃ সংশয়ো মহান্ ॥৯২॥
বৈশম্পায়ন উবাচ ।
তস্যৈতন্মতমাজ্ঞায় সত্যধর্ম্মপরায়ণঃ । প্রত্যজানাত্তদা রাজন্ ! পিতুঃ প্রিয়চিকীর্ষয়া ॥৯৩॥

মীহেনবা, কল্লবা অমনা মী মহাক অহুগী মফমদা য়েক্লবা ওইদুনা মশাউকরবা অদু ওইরবদি মী অহুনা গন্ধর্ব্বস্থ ওইরসমু, অসুরস্থ ওইরসমু পুনশি অসিদা অকি অখং লৈতনা হুপ্রাইনা লৈবতদি—মফংগুরোই ॥৮৩॥

য়েক্লবনা কিরবা রাজকুমার ! বিবাহ অসিদা লৈরিবা দোষ হাযববু অসিমতনি, অতৈ করিমতা লৈতে ; মরম অহুনা দোষ অসিগী লৈবা লৈতবনা সত্যবতীবু পীব পীদবগী মরম অদুম মওইরবনি। অসিতনি হায়জগদবা, রাজকুমারগী মঙ্গল ওইসনু ।৮৪॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি —মহারাজ ! দাসরাজনা অসুম হায়রবদা, দেবব্রত গাঙ্গেয়না মপাগীদমক্তা দাসরাজগী মফমদা মতিক চারবা পাওখুম পীখি, মাহ্র পুম্নমক মাগা লোয়নবকপা ক্ষাত্রিয়-পাত্র মিত্র পুমনমক্তা ময়েক শেংনা তাখি ।৮৫॥ অচুম্বা ভাংবগী মনুংদা অথোইবা দাসরাজ ! ঐগী লেংদ্রবা ব্রাশক অসি তাবিয়ু । ঐনা হায়হনা ব্রাশক-দৌরিবসে, মমাংঙৈদা কনাগুম্বা অমতনা ভমখিদ্রিবনি ; মতুংদসু অমন। হেক ভম্মরোই ॥৮৬॥ দাসরাজনা হায়রিবা অহুগী মতুংইন্না ঐনা থবক থোক্লবা শোইদনা তৌগনি ; সত্যবতীসিগী গর্ভদা পোকপা মচা অহুনা শোকদনা নিংথৌ ওইগনি ॥৮৭॥ গাঙ্গেয়না অসুম হায়রবদা সত্যবতীগী মচানা নিংথৌ শোয়দনা ওইননবগীদমক্তা দাসরাজনা তৌওনদবা থবক অমতং তৌগে খন্দুনা গাঙ্গেয়দা অমুক হায়খি ॥৮৮॥ হে ধর্ম্ম চেল্লবা ! নহাক্তি অতৈ অতৈগা মমদনা মতিক মগুণ লৈরবা মহারাজ শান্তনুগী ভাক্লৌ পাখৈ ওইদুনা লৈববা অমনি ; অহুনা সত্যবতীগীসু চংক্রফম অম ওইরে, মরম অহুনা দান অদো—ইলাই লাইনা পীথোকপা ঙম্বিবিবনি ॥৮৯॥ অদুমদি ওইরবদা হে পুকচেল চাওরবা—তপ্পবা ! ঐগী হায়ফম থোকপা বা অসিমতগা তাবিখো ; য়েক্লাপুম্বা ভম্বা ! কন্যা অসিগী পক্ষদগী ঐ বা অমনিদং হায়জগে ॥৯০॥ সত্য অমদি ধর্ম্মদা মায ওনশিল্লবা ! নহাক্তা সভা অসিদা লৈরিবশিং অসিগী মমাংদা ব্রাশকপিখিবা অদো নশক-নতৌ, নতিক নগুণগা চপ চান্নরে ॥৯১॥ অহুনা কল্লবা ! নহাক্কী ব্রাশক্তি খক তৌশিন্নবা অমদি মীনন্না ওইরোই । ছিরম অসিদা ঐথোয়গীসু কয়িরতা চিংনজবা লৈত্রে ; অহুমদি ওইরবদা পুকচেল চাওরবা নংগী পোকদোরিবা নচা অদুবুদি অদুম চিংনহনা লৈরি ॥৯২॥

বৈশম্পায়ননা হায়খি—মহারাজ ! সত্য অমদি ধর্ম্মদা পুক্লিং চংলবা গাঙ্গেয়না দাসরাজনা পাম্বিবসি কাদিনো হায়বগ খন্নদুনা অদুগা মপা শান্তনুগী ক্কপাম্বা কাববতা তৌরয়গে হায়না খনদুনা অমুক হায়

গাঙ্গেয় উবাচে ।

দাসরাজ ! নিবোধেদং বচনং মে নরোত্তম ! শৃণ্বতাং ভূমিপালানাং যদ্ব্রবীমি পিতুঃ কৃতে ॥৯৪॥
রাজ্যং তাবৎ পূর্ব্বমেব ময়া ত্যক্তং নরাধিপাঃ ! অপত্যহেতোরপি চ করিষ্যেঽস্য বিনিশ্চয়ম্ ॥ ৯৫ ॥
অদ্য প্রভৃতি মে দাস ! ব্রহ্মচর্য্যং ভবিষ্যতি । অপুত্রস্যাপি মে লোকা ভবিষ্যন্ত্যক্ষয়া দিবি ॥৯৬॥

বৈশম্পায়ন উবাচ ।

তস্যৈতদ্বচনং শ্রুত্বা সম্প্রহৃষ্টতনূরুহঃ । দদানীত্যেব তং দাসো গাঙ্গেয়ং প্রত্যভাষত ॥ ৯৭ ॥
ততোঽন্তরীক্ষেঽপ্সরসো দেবাঃ পিতৃগণাস্তথা । অভ্যবর্ষন্ত কুসুমৈর্ভীষ্মোঽয়মিতি চাব্রুবন্ ॥৯৮॥
ততঃ স পিতুরর্থায় তামুবাচ যশস্বিনীম্ । অধিরোহ রথং মাতঃ ! গচ্ছাবঃ স্বগৃহানিতি ॥৯৯॥
এবমুক্ত্বা তু ভীষ্মস্তাং রথমারোপ্য ভাবিনীম্ । আগম্য হাস্তিনপুরং শান্তনোঃ সংন্যবেদয়ৎ ॥১০০॥
তস্য তদ্দুষ্করং কর্ম্ম প্রশশংসুর্নরাধিপাঃ । সমেতাশ্চ পৃথক্ চৈব ভীষ্মোঽয়মিতি চাব্রুবন্ ॥১০১॥
তচ্ছ্রুত্বা দুষ্করং কর্ম্ম কৃতং ভীষ্মেণ শান্তনুঃ । স্বচ্ছন্দমরণং তুষ্টো দদৌ তস্মৈ মহাত্মনে ॥১০২॥
ন তে মৃত্যুঃ প্রভবিতা যাবজ্জীবিতুমিচ্ছসি । ত্বত্তো হ্যনুজ্ঞাং সম্প্রাপ্য মৃত্যুঃ প্রভবিতাঽনঘ ! ॥১০৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
সম্ভবে সত্যবতীলাভো নাম চতুর্নবতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

—০ঃ০—

---

ব্রাশকখি ॥ ৯৩ ॥ গাঙ্গেয়না হায়খি— "দাসরাজ ! ঐগী য়াকা অমদি ব্রা তানীংদুনা লৈরিবা ক্ষত্রিয়-শিং অসিগী মমাংমক্তদা হাযরমগে, দাসরাজস্মু মযেকশেংনা তাবিহো ॥৯৪॥ ক্ষত্রিয় পুন্নমক ! অহান্নদা লৈপাক্কী অধিকার পুন্নমক থাদোকচখ্রবনি; হৌজিক্কা অমুক পুনশি অসিগী ইচা পোক্তনবা ব্রাশকচরি ॥৯৫॥ দাসরাজ ! ঐ ঙসিদগী ব্রহ্মচাবী ওইরবনি ! মর্ত্ত্যলোকতা ইচা থনত্রবসু ব্রহ্মচারী ওইদুনা পুনশি লেল্লগা স্বর্গদা অমাং অতা লৈতবা ইফম লৈগনি ॥৯৫॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি— গাংঙ্গেয়গী ব্রা অসি তাবদা দাসরাজগী মশাদা তুজুংবা পোকখি। মতম অদুদা দাসরাজনা গাঙ্গেয়দা হাযখি— "ঐনা সত্যবতীবু শোয়দনা পীজগনি" ॥ ৯৭ ॥ অদুগী মতুংদা অপ্সরাশিংনা, দেবতাশিংনা অমদি পিতৃলোকশিংনা নোংথক্তগী লৈগী নোং চুথহনখি অমদি লাওথরকই হিরম পুম্বদা অকিবগী মশক ওইবনা মাগী মমিং "ভীষ্ম" হাযনা থোল্লবনি ॥৯৮॥ অদুগী মতুংদা ভীষ্মনা মপাগী দমক্তা সত্যবতীগী মনাক্তা চংশিল্লক্তুনা হাযখি— "ইমা ! রথ অসিদা কাথৎপিযু; হৌজিক্তি যুম তান্না চৎলসি" ॥৯৯॥ ভীষ্মনা ব্রা অসি হায়রগা সত্যবতীবু রথ মথক্তা থাংগত্তুনা হস্তিনাপুর তান্না চৎখিদুনা থোদোক পুন্নমক মপা শান্তনুদা তমখি ॥ ১০০ ॥ মতম অদুদা ক্ষত্রিয় নিংথৌমচাশিং পুন্নমক্কা পুল্লপনা অমদি তোঙাল তোঙালনা ভীষ্মগী অমনা তৌগমত্রবা থবক অসি তাবদা উবদা থাগৎখি. "থংতৈশেংবা ভীষ্ম হায়বদুমক্কি" অমুম হায়নখি ॥১০১॥ ভীষ্মনা অমনা তৌগমত্রবা থবক তৌখ্রে, হায়বা তাবদা শান্তনু নিংথৌনা থোইনা পেনখি; পুকচেল চাওরবা মচা ভীষ্মদা অসুম হায়দুনা বর পীখি ॥ ১০২ ॥ 'ইবুঙো ! নংদি নংনা হেক হিংদুনা লৈনিংগি মথৈ হিংহনা লৈবা ওইসনু, শিনিংত্রিমথৈ শিদবা ওইযু । নংগী য়াথং মতুংইন্না অশিবা হায়বদুনা নঙোন্দা লাকপা ওইসনু ॥ ১০৩ ॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারততা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসদেবনা লেংবা সংহিতাদা
"সম্ভবদা সত্যবতীলাভ" কৌবা মরিফুতরামরি শুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

——ঃ * ঃ——

# শ্রীমহাভারতম্।

## আদি পর্ব— সম্ভবে চিত্রাঙ্গদবধো নাম

### ( অষ্টাধিকশততমো অধ্যায়ঃ )

—:(*):—

বৈশম্পায়ন উবাচ ।

চেদিরাজসুতাং জ্ঞাত্বা দাশরাজেন বর্দ্ধিতাম্ । বিবাহং কারয়ামাস শাস্ত্রদৃষ্টেন কর্ম্মণা ।।১।।
ততো বিবাহে নির্ব্বৃত্তে স রাজা শান্তনুর্নৃপ ! তাং কন্যাং রূপসম্পন্নাং স্বগৃহে সন্ন্যবেশয়ৎ ।।২।।
ততঃ শান্তনবো ধীমান্ সত্যবত্যামজায়ত । বীরশ্চিত্রাঙ্গদো নাম বীর্য্যবান্ পুরুষেশ্বর ! ।।৩।।
অথাপরং মহেষ্বাসং সত্যবত্যাং সুতং প্রভুঃ । বিচিত্রবীর্য্যং রাজানং জনয়ামাস বীর্য্যবান্ ।।৪।।
অপ্রাপ্তবতি তস্মিংস্তু যৌবনং পুরুষর্ষভে । স রাজা শান্তনুর্ধীমান্ কালধর্ম্মমুপেয়িবান্ ।।৫।।
স্বর্গতে শান্তনৌ ভীষ্মশ্চিত্রাঙ্গদমরিন্দমম্ । স্থাপয়ামাস বৈ রাজ্যে সত্যবত্যা মতে স্থিতঃ ।।৬।।
স তু চিত্রাঙ্গদঃ শৌর্য্যাৎ সর্ব্বাংশ্চিক্ষেপ পার্থিবান্ । মনুষ্যং নহি মেনে স কঞ্চিৎ সদৃশমাত্মনঃ ।।৭।।
তং ক্ষিপন্তং সুরাংশ্চৈব মনুষ্যানসুরাং স্তথা । গন্ধর্ব্বরাজো বলবাংস্তুল্যনামাভ্যয়াত্তদা ।।৮।।

গন্ধর্ব উবাচ ।

ত্বং বৈ সদৃশনামাসি যুদ্ধং দেহি নৃপাত্মজ ! নাম বান্যৎ প্রগৃহ্নীষ্ব যদি যুদ্ধং ন দাস্যসি ।।৯।।

---

বৈশম্পায়ননা হায়খি— সত্যবতী হায়রীসি নিংথৌ উপরিচরগী মচানুপা থাংগৈশেংবনি দাসরাজনা য়োকচর্থিবনি হায়রসি খুদা শাস্ত্রগী ভীষ্মনা শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা মপা শান্তনুগা লোয়ননা সত্যবতীগী বিবাহ পাংথোক্লকখি ।।১।। বিবাহ লোয়রবা মতুংদা শান্তনু মহারাজনা থোইনা ফজরবী সত্যবতীবু কোম্নুং মনুংদা চংহনখি ।।২।। মহারাজ ! মতমগী মতুংইন্না সত্যবতীগী গর্ভদা শান্তনুগী মচা নিপা অমা পোকখি, মাগী মমিং চিত্রাঙ্গদ কৌই। মতুংদা মহাক অসি বুদ্ধি লৈবা, হেক্ত লৈবা অমদি অকনবা নিপা অমা ওইখি ।।৩।। মমগী মতুংদা অমুক সত্যবতীগী গর্ভদা মহারাজ শান্তনুগী মচা অমা পোকখি; মহাকী মমিংদি বিচিত্রবীর্য্য কৌই। মহাকসু মতুংদা অমাংবা মহায়থী অমা ওইখি ।।৪।।

নিপারক্তগী অথোইবা বিচিত্রবীর্য্যনা মথোং কায়রকপা পাংথং কাম্ভাইবগী শান্তনু মিংথৌ লোংগাখি ।।৫।। শান্তনু মহারাজনা লোংগাখ্রবা ভীষ্মনা মমা সত্যবতীগী এন্ত মতুংইন্না লেকনবা অমনবা চিত্রাঙ্গদবু সিংহাসনদা অভিষেক তৌদুনা থংথখি ।।৬।। চিত্রাঙ্গদ নিংথৌ অসিনা মপা মমাগী পরাক্রমগী পাক্নবা পৃথিবীগী নিংথৌ পুমনমকপু মায়থিবা পীখি; অমসুং মপাঙ্গল মথৌনাদা মপাঙ্গল মথৌনা [illegible] ।।৭।। চিত্রাঙ্গদনা মপাংগল মথৌনাগী মাপান তৌদুনা মতম পুমনমক দেবতাশিংবু অসুরশিংবু মীশিং অমসুং মরীলোককী মী পুমনমকপু উশিংথিনে; অদুগী মোংমা, গন্ধর্ব নিংথৌ চিত্রাঙ্গদ হায়বা মহাকী মনাক্তা লাকখি ।।৮।। গন্ধর্ব নিংথৌনা হায়খি— রাজকুমার ! রাজকুমারগী মিংগা ঐগী মিংগা চপ মান্নরে; অদুনা

# শ্রীমহাভারতম্

## আদিপর্ব্ব—সম্ভবে বিচিত্রবীর্য্যোপরমো নাম

(মপিফুতরাতরুক শুবা অধ্যায়)

——:(*):——

বৈশম্পায়ন উবাচ।

হতে চিত্রাঙ্গদে ভীষ্মো বালে ভ্রাতরি কৌরব। পালয়ামাস তদ্রাজ্যং সত্যবত্যা মতে স্থিতঃ ॥১॥
সম্প্রাপ্তযৌবনং দৃষ্ট্বা ভ্রাতরং ধীমতাং বরম্। ভীষ্মো বিচিত্রবীর্য্যস্য বিবাহায়াকরোন্মতিম্ ॥২॥
অথ কাশিপতের্ভীষ্মঃ কন্যাস্তিস্রোঽপ্সরোপমাঃ। শুশ্রাব সহিতা রাজন্! বৃণানা বৈ স্বয়ং বরম্ ॥৩॥
ততঃ স রথিনাং শ্রেষ্ঠো রথেনৈকেন শত্রুজিৎ। জগামানুমতে মাতুঃ পুরীং বারাণসীং প্রতি ॥৪॥
তত্র রাজ্ঞঃ সমুদিতান্ সর্বতঃ সমুপাগতান্। দদর্শ কন্যাস্তাশ্চৈব ভীষ্মঃ শান্তনুনন্দনঃ ॥৫॥
কীর্ত্ত্যমানেষু রাজ্ঞাস্তু তদা নামসু সর্বশঃ। একাকিনং তদা ভীষ্মং বৃদ্ধং শান্তনুনন্দনম্ ॥৬॥
সোদ্বেগা ইব তং দৃষ্ট্বা কন্যাঃ পরমশোভনাঃ। অপাক্রামন্ত তাঃ সর্ব্বা বৃদ্ধ ইত্যেব চিন্তয়া ॥৭॥
বৃদ্ধঃ পরমধর্ম্মাত্মা বলীপলিতধারণঃ। কিং কারণমিহায়াতো নির্লজ্জো ভরতর্ষভ! ॥৮॥
মিথ্যাপ্রতিজ্ঞো লোকেষু কিং বদিষ্যতি ভারত! ব্রহ্মচারীতি ভীষ্মো হি বৃথৈব প্রথিতো ভুবি ॥৯॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়খি—জনমেজয়! অঙাং ওইরিবা মনাও চিত্রাঙ্গদনা শিথ্রবদা ভীষ্মনা মমা সত্যবতীগী মত মতুংইন্না লৈপাক অদুবু শাসন তৌখি॥১॥ অদুগী মতুংদা বিচিত্রবীর্য্যসু মথোৎ কারক্লে হায়রবসি উরদুনা ভীষ্মনা মহাক্কী লুহোং থোংদোংনবগী থৌরাং তৌরগে খনখি॥২॥ মহারাজ! অদুগী মতুংদা অপ্সরাগী মতৌগুম ফজরবী কাশি নিংথৌগী মচানুপী অহুমগী অমুক্তদা স্বয়ম্বর বিবাহ তৌগনি হায়রবসি ভীষ্মনা তাবে।৩॥ অদুগী মতুংদা যেক্লবা জয়বা ভীষ্মনা মমা সত্যবতী য়াথং লৌদুনা মথন্তা কনাসু কনাসু য়াওদনা রথ অমদা তোংদুনা কাশী নগর তান্না চৎখি।৪॥ শান্তনুগী মচা ভীষ্মনা মফম অদু তান্না চৎখিদুনা— লৈপাক লৈপাক্কী লাকপা নিংথৌ, নিংথৌ মচা কয়ানা স্বয়ম্বর মাগুপতা পৈদুনা লৈবা অমদি থব্রাই দুগী মরক্তা কন্যা অহুম অদুসু থোরক্লুনা লৈরিবদু উখি॥৫॥ তিল্লিবা নিংথৌ মচা খিবিক অদুগী মশক তোঙাল তোঙাললনা খংনবগীদমক মমিং মথং মথং অপাম অপান্বা বর অহুম খনবা লাকপদা শান্তনুগী মচা ভীষ্মবু অহল ওইরে অমদি মথন্ত মরাকই হায়রবসি উরদুনা, মতিক লৈবা ওইনা উরবসু মথোযনা ভীষ্মগী মপা লাম্ভোক্লুনা চৎখ্রে॥৬—৭॥ ময়াম্না লোম্ন লোম্ন ঙাংনরকই—ভীষ্ম হায়রবসি ফজ্‌রান্ন ধর্ম্ম থংলবনি অদুগা অহলসু য়াম্ন ওইরবনি; হকচাংগী লু তোং লোইনা হীকথরবনি, মপোক্ক পুমলো তৌরে, অদুবু মহাক্লা অসিগুম্ব মফমদা হিকাইবা থংদনা লাক্লিবসিবু করিগীনো? ॥৮॥ ব্রহ্মচারী ওইগনি হায়না মীমথদুনা বাশকশিন্নরগা অগত্ত মীনা মাবু করি হায়নগনি; অগৎনা মাবু ব্রহ্মচারীনি হায়দুনা অরেম্বদা থাগৎলি॥৯॥

বৈশম্পায়ন উবাচ ।

ইত্যেবং প্রব্রুবন্তস্তে হসন্তি স্ম নৃপাধমাঃ । ক্ষত্রিয়াণাং বচঃ শ্রুত্বা ভীষ্মশ্চুক্রোধ ভারত ! ॥১০॥
ভীষ্মস্তদা স্বয়ং রাজন্ বরয়ামাস তাঃ প্রভুঃ । উবাচ চ মহীপালান্ রাজন্ ! জলদনিস্বনঃ ॥১১॥
রথমারোপ্য তাঃ কন্যা ভীষ্মঃ প্রহরতাং বরঃ । আহূয় দানং কন্যানাং গুণবদ্ভ্যঃ স্মৃতং বুধৈঃ ॥১২॥
অলঙ্কৃত্য যথাশক্তি প্রদায় চ ধনাগ্যপি । প্রযচ্ছন্ত্যপরে কন্যাং মিথুনেন গবামপি ॥১৩॥
বিত্তেন কথিতেনান্যে বলেনান্যেঽনুমান্য চ । প্রমত্তামুপযান্ত্যন্যে স্বয়মন্যে চ বিন্দতে ॥১৪॥
আর্ষং বিধিং পুরস্কৃত্য দারান্ বিন্দন্তি চাপরে অষ্টমং তমথো বিত্ত বিবাহং কবিভির্বৃতম্ ॥১৫॥
স্বয়ংবরন্তু রাজন্যাঃ প্রশংসন্ত্যপযান্তি চ । প্রমথ্য তু হৃতামাহুর্জ্যায়সীং ধর্ম্মবাদিনঃ ॥১৬॥
তা ইমাঃ পৃথিবীপালাঃ জিহীর্ষামি বলাদিতঃ । তে যতধ্বং পরং শক্ত্যা বিজয়ায়েতরায় বা ॥১৭॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়খি—মপুকাচল তোল্লবা নিংথৌ অমদি নিংথৌ মচাশিংনা মতৌ অসুম্না ভীষ্মবু নোকুখি ; ভীষ্মনা মাহু তাবদা থোইনা শাওখ্রে ॥১০॥ মহারাজ ! মতিক মগুণ চাওরবা ভীষ্মনা "কন্যা অসুম অসি ঐনা নিরি পীরো" অসুম হায়না ময়াম মমাংদা লাওরগা কন্যা অসুম অদুবু রথ মথক্তা থাঙ্গৎতুনা অকনবা তৌভমদবগী তেজনা মশাপুম্বা পৃমলং-লংনা নোং খোংবগী মতৌগুম্না লুম্নবা-লেম্নবা খোঞ্জেল্ল ভীল্লবা নিংথৌ অমদি নিংথৌ মচাশিংবু যেংহনা হায়রকই—নিংথৌ পুম্নমক ! মগুণ চেনবা, মতিক চারবা বরবু তরাম-তরাম কৌরগা, দান তৌগদৌরিবা কন্যা অহবু মানা মানা ভমজবা শক্তিগী মতুংইন্না ফিজেৎ লৈতেংবিদুনা অমদি ভমজবা অউন পোৎ তনহনা অযাম্বনা কন্যা দান তৌনৈ। * ১ অতোপ্পা কনাগুম্বনা মনবী অনিতগসু লোযননা মচা সুপীবু বর অদুদা দান তৌই ; * ২ ॥১১—১৩॥ কনা কনাগুম্বনা অপাম্বা অকক্লবা মমল লৌদুনা যোনবাগুম্না মচা সুপীবু দান তৌই। * ৩ অতোপ্পা কনাগুম্বনা খুৎ হোদ্না কন্যা অদুবু নমদ্না চিংদ্না পুই। * ৪। কনা কনাগুম্বনা মশানা য়ানা কন্যা অদুবু বিবাহ তৌদ্না লৌই। * ৫ অদুগা অতোপ্পা কনা কনাগুম্বনা কন্যা অদ্না ইতাও—তাওনা লৈরিভৈদা বলৎকার তৌদ্না খুদক্তা তিম্নদ্না নমদ্না লৌই। * ৬। অদুগা কনা কনাগুম্বনা যজ্ঞনচিংবা লিংখৎতুনা কন্যাবু বিবাহ তৌদ্না লৌই * ৭ ॥ ১৪ ॥

"নখোয় অনি মতে মনাও ওইনা লৈবগী ধর্ম্মদা চংলো" অসুম হায়না কনা কনাগুম্বনা কন্যদান তৌদুনা নিপা অদুনা আর্ষ বিবাহগী বিধি মতুংইননা কন্যা অহবু ভার্য্যা ওইনা ফংভি। মাসিবু পণ্ডিত শিংনা নিপাল শুবা বিবাহনি হায়না খংনৈ। * ৮

ক্ষত্রিয়শিংনা স্বয়ম্বর-বিবাহ অসিতবু থাগৎনৈ; লৌখৎনৈ; কয়িনা হায়ববু ধর্ম্ম খংবাশিংনা হায়নৈ য়েক্লবাশিংবু মায়খিবা পিদুনা ময়ামগী মমাংদগী নমহুনা কন্যাবু পুদুনা চংপদো মাহুতনা ক্ষত্রিয়শিংগী মফমদা মতিক চাবা বিবাহনি ॥ ১৬ ॥ মরম অদুনা তিল্লিবা নিংথৌমচা পুম্নমক ! ঐনা ভসি ময়ামগী

---

* ১ টীকা—মাসিনা ব্রাহ্ম বিবাহ কৌই। * ২ মাসিনা আর্ষ বিবাহ কৌই। * ৩ মাসিনা আসুর বিবাহ কৌই। * ৪ মাসিনা গান্ধর্ব্ব বিবাহ কৌই। * ৫ মাসিনা রাক্ষস বিবাহ কৌই। * ৬ মাসিনা পৈশাচ বিবাহ কৌই। * ৭ মাসিনা দৈব বিবাহ কৌই।

* ৮ টীকা—অসিগুম্বা নিপাল শুবা বিবাহ অসিবু প্রাজাপত্য বিবাহ হায়না খংনৈ।

নিবর্ত্তমানং তং দৃষ্ট্বা রাজানঃ সর্ব্ব এব তে। প্রেক্ষকাঃ সমপদ্যন্ত ভীষ্মশাল্বসমাগমে ॥৪০॥
তৌ বৃষাবিব নর্দ্দন্তৌ বলিনৌ বাসিতান্তরে। অন্যোন্যমভ্যবর্ত্তেতাং বলবিক্রমশালিনৌ ॥৪১॥
ততো ভীষ্মং শান্তনবং শরৈঃ শতসহস্রশঃ। শাল্বরাজো নরশ্রেষ্ঠঃ সমবাকিরদাশুগৈঃ ॥৪২॥
পূর্ব্বমভ্যর্দ্দিতং দৃষ্ট্বা ভীষ্মং শাল্বেন তে নৃপাঃ। বিস্মিতাঃ সমপদ্যন্ত সাধু সাধ্বিতি চাব্রুবন ॥৪৩॥
লাঘবং তস্য তে দৃষ্ট্বা সমরে সর্বপার্থিবাঃ। অপূজয়ন্ত সংহৃষ্টা বাগ্‌ভিঃ শাল্বং নরাধিপম্ ॥৪৪॥
ক্ষত্রিয়াণাং তদা বাচঃ শ্রুত্বা পরপুরঞ্জয়ঃ। ক্রুদ্ধঃ শান্তনবো বীরস্তিষ্ঠ তিষ্ঠেত্যভাষত ॥৪৫॥
সারথিঞ্চাব্রবীৎ ক্রুদ্ধো যাহি যত্রৈষ পার্থিবঃ। যাবদেনং নিহন্ম্যদ্য ভুজঙ্গমিব পক্ষিরাট্ ॥৪৬॥
ততোঽস্ত্রং বারুণং সম্যগ্ যোজয়ামাস কৌরবঃ। তেনাশ্বাংশ্চতুরোঽমৃদ্নাচ্ছাল্বরাজস্য ভূপতে ! ॥৪৭॥
অস্ত্রৈরস্ত্রাণি সংবার্য্য শাল্বরাজস্য কৌরবঃ। ভীষ্মো নৃপতিশার্দ্দূল ! ন্যবধীত্তস্য সারথিম্ ॥৪৮॥
অস্ত্রেণ চাপ্যথৈন্দ্রেণ ন্যবধীত্তুরগোত্তমান। কন্যাহেতোর্নরশ্রেষ্ঠো ভীষ্মঃ শান্তনবস্তদা ॥৪৯॥
জিত্বা বিসর্জ্জয়ামাস জীবন্তং নৃপসত্তমম্। ততঃ শাল্বঃ স্বনগরং প্রযযৌ ভরতর্ষভ ! ॥৫০॥
স্বরাজ্যমন্বশাচ্চৈব ধর্ম্মেণ নৃপতিস্তদা। রাজানো যে চ তত্রাসন স্বয়ংবরদিদৃক্ষবঃ ॥৫১॥

---

ওনশিল্লকতুনা লেপতুনা লেবখ্রু ডরংনা নিংথৌ পুমনমক অতুনা শাল্বগা ভীষ্মগা আনগী লালগী ভাবুক ওইগদবগী হোৎচিল্লকতুনা ভাইংনা লৈরি ।৪০॥ ষণ অমোম অমগী দমক ষণ কাও অনিনা ঙংনতুনা মচী ফেংনতুনা মমায় ওনশিন্নবা অতুগী মতোউগুম মপাঙ্গল অমাদ মথৌনা লৈরবা ভীষ্ম-শাল্ব অনি অহ অমগা অমগা ফুজিন্নবগী মমায ওনশিন্নে ।৪১॥ অতুগী মতুংদা নিপা মরক্তুগী অথোইবা অমদি—অথোবা শাল্ব কৌবা নিংথৌনা থুৎলৈ থুন, কাপলকপা য়াংলবা তেনতনা শান্তনুগী মচা ভীষ্মবু কুপশিনখি ।৪২॥ অহানবদা নিংথৌ শাল্বনা ভীষ্মদা তেন্না থাখি; মাহ উবদা মায়থীবা ফংলবা নিংথৌশিংহনা শাল্ববু সাধু সাধু হায়না নুভাইনা লাওখি ॥৪৩॥ নিংথৌশিংনা শাল্ব নিংথৌগী লালদা য়ামনা হৈশিংবা অমদি মথুৎথুবা উবদা শাল্ব নিংথৌবু হন্না হন্না থাগৎখি ॥৪৪॥

মতম অদুদা য়েক্লবগী লেপাক ভস্বা ভীষ্মনা য়েক্লবশিংগী মন্না অমদি থোল্লাও তাবদা শাওদুনা "লৈরম্মু, লৈরম্মু" ঙসিদি অস্নম হায়না লাওরকই ॥৪৫॥ মতুং অদুদা অদুম শাওনা শাওনা সারথিদা হায়বকই — "থৌজিল্ল, হে সারথি ! শাল্ব লৈবা মফম অসি তান্না থৌজিল্ল। গরুড়না লিল হাৎপগুম ঙসিদি শাল্ব অসি হাৎলগে" ॥৪৬॥

মহারাজ জনমেজয় ! অসি হায়রগা ভীষ্মনা বারুণাস্ত্রম তেঙ্গা থোংলক্লে। থুৎলাই অসিনা পানবদা শাল্ব নিংথৌগী শগোল মরি অতু থুদক্ত শোহ্নখি ॥৪৭॥ থুৎলাইতনা শাল্বগী থুৎলাইশিং অহবু থিংহনা থুদক্ত মাগী সারথিবু ভীষ্মনা হাৎখি ॥৪৮॥ অতুগী মতুংদা মীথোই মীহেনবা ভীষ্মনা কন্যাশিং অতুবু থুনা য়াংনা পুথগে হন্দুনা "ঐন্দ্র অস্ত্র" না শাল্বগী সগোল মরি অতু কক্তুনা থাদরে ॥৪৯॥ ভীষ্মনা মতৌ অসুম্না জয় তৌহনা মথন্নাইদদি থাকপিহনা শাল্ববু থাদোকপিখি। অতুগী মতুংদা শাল্ব নিংথৌ অদু মাগী কোন্নুংদা হনখি ॥৫০॥ মফম অদু তান্না চৎখিহনা ধর্ম্মগা লোয়নন্না মরৈপাক শাসন তৌখি। অসোয়দা, স্বয়ম্বর য়াওগে য়েংগে লাকপা নিংথৌ—নিংথৌ মচা পুম্বা মাগী মাগী মরৈপাক্তা হলখি। অদুদা ভীষ্মনা মতৌ অসুম তৌনা য়েক্লবা মৈথারবা পুম্বা ওয়থুনা কন্যাশিং

স্বাপেৰ তেঽপি রাষ্ট্রাণি নগ্নাঃ পরপুরঞ্জয় । এবং বিজিত্য তাঃ কন্যা ভীষ্মঃ প্রহরতাং বরঃ ॥৫২॥
প্রযযৌ হাস্তিনপুরং যত্র রাজা স কৌরবঃ । বিচিত্রবীর্য্যো ধর্ম্মাত্মা প্রশাস্তি বসুধামিমাম্ ॥৫৩॥
যথা পিতাস্য কৌরব্যঃ শান্তনুর্নৃপসত্তমঃ । অচিরেণৈব কালেন সোঽত্যক্রামন্নরাধিপ ! ॥৫৪॥
বনানি সরিতশ্চৈব শৈলাংশ্চ বিবিধান্ ক্রমান্ । অক্ষতঃ ক্ষপয়িত্বারীন্ সংখ্যেঽসংখ্যেয়বিক্রমঃ ॥৫৫॥
আনয়ামাস কাশ্যস্য সুতাঃ সাগরগাসুতঃ । স্নুষা ইব স ধর্ম্মাত্মা ভগিনীরিব চানুজাঃ ॥৫৬॥
যথা দুহিতরশ্চৈব পরিগৃহ্য যযৌ কুরূন্ । আনিন্যে স মহাবাহুর্ভ্রাতুঃ প্রিয়চিকীর্ষয়া ॥৫৭॥
তাঃ সর্ব্বগুণসম্পন্না ভ্রাতা ভ্রাত্রে যবীয়সে । ভীষ্মো বিচিত্রবীর্য্যায় প্রদদৌ বিক্রমাহৃতাঃ ॥৫৮॥
এবং ধর্ম্মেণ ধর্ম্মজ্ঞঃ কৃত্বা কর্ম্মাতিমানুষম্ । ভ্রাতুর্বিচিত্রবীর্য্যস্য বিবাহায়োপচক্রমে ।
সত্যবত্যা সহ মিথঃ কৃত্বা নিশ্চয়মাত্মবান্ ॥৫৯॥
বিবাহং কারয়িষ্যন্তং ভীষ্মং কাশীপতেঃ সুতা । জ্যেষ্ঠা তাসামিদং বাক্যমব্রবীদ্ধসতী তদা ॥৬০॥
ময়া সৌভপতিঃ পূর্ব্বং মনসাভিবৃতঃ পতিঃ । তেন চাস্মি বৃতা পূর্ব্বমেষ কামশ্চ মে পিতুঃ ॥৬১॥
ময়া বরয়িতব্যোঽভূচ্ছাল্বস্তস্মিন্ স্বয়ংবরে । এতদ্বিজ্ঞায় ধর্ম্মজ্ঞ ! ধর্ম্মতত্ত্বং সমাশ্রয় ॥৬২॥

---

অদ্ পুরুনা হস্তিনাপুরদা হনখি , হস্তিনাপুর হায়বদুদা নিংথৌ বিচিত্রবীর্য্যনা পৃথিবী অসি শাসন তৌদুনা লৈখি ॥৫১—৫৩॥ নিংথৌ অথোইবা মপা শান্তনুনা লৈপাকপু ঙাক্লম্বা অদুগুম্না বিচিত্রবীর্য্য কৌবা নিংথৌনসু লৈপাকপু নিংথিনা শাসন তৌখি। বিচিত্রবীর্য্যনা মতম খরতগী মতুংদা মশাগী মতিক মগুণতনা মপা শান্তনুদগী থোইদোক হেন্দোকখ্রে ॥৫৪॥ অসোমদা খরাইগা মান্নদনা কল থৌরবা ভীষ্মনা মশাদা তেলগী অমদি করিগুম্বা খুৎলাইগী চৈফম অমতা লৈহৌদনা য়েক্লবা-পুম্নবু মাযথীবা পীরমদুনা বন-তুরেল চীং-মান অমদি উ-বা কয়া লাম্থোকতুনা মচা-মমৌবু পুরকপগী মতৌগুম কাশীরাজগী মচানুপীশিং অদুবু পুদুনা লাক্লে ॥৫৫—৫৬॥ মচানুপীনা মপাগী মনাক্তা লৈব মওং অদুগুম লৈহন্দুনা রাজ কন্যাসিং অদুবু ভীষ্মনা কুরু দেশদা লাকখি; মনাও বিচিত্রবীর্য্যগী পেম্নবগী দমক রাজকন্যাশিং অদুবু কোঙং মনুংদা পুশিনখি ॥৫৭॥ অদুগী মতুংদা মপাঙ্গল অমদি শক্তি পুম্নমক উত্তুনা পুরক্লবী গুণ পুম্নমক্লা তিল্লবী রাজকন্যা অহুম অদুবু অমতা ভাইজরবা মনাও বিচিত্রবীর্য্যগী মখুত্তা লান তৌগে হায়না থক্লে ॥৫৮॥ ধর্ম্ম চেল্লবা ভীষ্মনা ধর্ম্মগী মতুংইন্না মীনা তৌঙমদবা থবক তৌদুনা মমা পোক্লবী সত্যবতীগা মুন্না রা তান্নদুনা য়াম্না নিংথিনা চেকশিন্না রাজ কন্যাশিং অদুগা লোয়না লুহোংনবগী থৌরাং তৌখি ॥৫৯॥ ভীষ্মনা মতম খরগী মতুংদা মথোযবু লুহোংহনগদৌরি, মা অসি তাবদা কাশী নিংথৌগী মচানুপী অহুম অদুগী মনুংদা খরাইগী অহল অম্বানা নোক্লা নোক্লা ভীষ্মদা হায়খি ॥৬০॥

অহানবদা ঐহাকত্তি ঐগী পুক্নিংনা নিংথৌ শাল্ববু ইপুরোইবগুম খনজখ্রবনি, মহাক্সু ঐবু মাগী ভার্য্যাগুম হৌজিক কাউবা খনজনা লৈরিবনি; ঐবু পোকপা ইপানসু লৈরিবা ভাব অসি থরাই হক-চাং অমতা ওইনা লাখ্রবনি ॥৬১॥ অদুনা ঐবু মকম অসিদা পুবিরক্লমদ্রবদি স্বয়ম্বর অদুদা নিংথৌ শাল্বদা বরমাল্য হুকচরমগদৌবনি। ধর্ম্ম খংলবা ! পুম্নমক অসি খংলবা নহাকনা ধর্ম্ম কায়দনবা অস্ত-স্মক শিনযিবু ॥৬২॥ কন্যা অদুনা ব্রাহ্মণশিংগী সভাদা অসুম হায়রক্লবদা, কল্লবা ভীষ্মনা মহাকদা—

এবমুক্তস্তয়া ভীষ্মঃ কন্যয়া বিপ্রসংসদি। চিন্তামভ্যগমদ্বীরো যুক্তাং তস্যৈব কর্ম্মণঃ ॥৬৩॥
বিনিশ্চিত্য স ধর্ম্মজ্ঞো ব্রাহ্মণৈর্বেদপারগৈঃ। অনুজজ্ঞে তদা জ্যেষ্ঠামম্বাং কাশিপতেঃ সুতাম্ ॥৬৪॥
অম্বিকাম্বালিকে ভার্য্যে প্রাদাদ্ভ্রাত্রে যবীয়সে। ভীষ্মো বিচিত্রবীর্য্যায় বিধিদৃষ্টেন কর্ম্মণা ॥৬৫॥
তয়োঃ পাণী গৃহীত্বা তু রূপযৌবনগর্ব্বিতঃ। বিচিত্রবীর্য্যো ধর্ম্মাত্মা কামাত্মা সমপদ্যত ॥৬৬॥
তে চাপি বৃহতীশ্যামে নীলকুঞ্চিতমূর্দ্ধজে। রক্ততুঙ্গনখোপেতে পীনশ্রোণিপয়োধরে ॥৬৭॥
আত্মনঃ প্রতিরূপোঽসৌ লব্ধঃ পতিরিতি স্থিতে। বিচিত্রবীর্য্যং কল্যাণৌ পূজয়ামাসতুঃ শুভে ॥৬৮॥
স চাশ্বিরূপসদৃশো দেবতুল্যপরাক্রমঃ। সর্বাসামেব নারীণাং চিত্তপ্রমথনোঽভবৎ ॥৬৯॥
তাভ্যাং সহ সমাঃ সপ্ত বিহরন্ পৃথিবীপতিঃ। বিচিত্রবীর্য্যস্তরুণো যক্ষ্মণা সমগৃহ্যত ॥৭০॥
সুহৃদাং যতমানানামাপ্তৈঃ সহ চিকিৎসকৈঃ। জগামাস্তমিবাদিত্যঃ কৌরব্যো যমসাদনম্ ॥৭১॥
ধর্ম্মাত্মা স তু গাঙ্গেয়শ্চিন্তাশোকপরায়ণঃ। প্রেতকার্য্যাণি সর্ব্বাণি তস্য সম্যগকারয়ৎ ॥৭২॥

---

লুহোংবগী মরমদা যুক্তিযুক্ত ওইবা বিচার তৌখি ।৬৩॥ ধর্ম্মথংলবা ভীষ্মনা মতম অদুদা বেদ শাস্ত্র হৈরবা ব্রাহ্মণশিংগা মুন্না রা তান্নদুনা তৌগদৌবা পূমনমক লেপনরগা কাশী নিংথৌগী মচানুপী অহল অম্বাবু শাল্ব নিংথৌগী মফমদা চৎপা য়ারগনি হায়না য়াথং পীখ্রে ॥৬৪॥ অদুগা অম্বিকা অমদি অম্বালিকা কৌবী অনিবুদি মনাও বিচিত্রবীর্য্যগী মথুক্তা বিবাহগী বিধি কায়দনা দান তৌখি ।।৬৫।। মশক মতৌ অমদি মথোং কায়কপগী ময়াই কারবা; ধর্ম্মচেল্লবা বিচিত্রবীর্য্যনা অম্বিকা অমদি অম্বালিকা— অনিবু লুহোংদুনা লৌরবা মতুংদা মুমিৎচুপপা মুপী-নহাগা তিম্মনিংবগী য়াথন্দা পুকনিং চংখ্রে ।।৬৬।।

অম্বিকা অমদি অম্বালিকা অনিগী হকচাংগী কুচুনা বৃহতী কৌবা লৈগী মতৌগুম শংবাননৈ মুরবা শমজোইনা খোয়না তারি, খুজিলগী পরেং অদো ভাংলৈননা ময়ায় তোংতক ত্তৌনা নিংথিজৈ অদুগা নিংছু অনি অমদি খোম অনি কোইনা চাওনা নিংথিক্তে; মথোয় অনিমক মীকৌ মীরম যজৈ মীশক থংনা ইকায় খুমনদা চৎলি, মুপীগী অকবা লক্ষণ পূমনমকনা তিল্লবীনি অমসুং শাগৈগী মঙ্গল ওইননবগী খুদম উৎপী তাক্কনি ; অসিগুম্বী অম্বিকা অম্বালিকা অনিনা বিচিত্রবীর্য্যবু ফংজবদা মতিকচাবা মপুরোইবা ফংজরে খনদুনা মথল্লাই মুডাইনা মপুরোইবগী সেবা তৌদুনা লৈখি ॥৬৭—৬৮॥। অসোমদা অশ্বিনীকুমারগী মতৌগুম ফজরবা অমদি দেবতাগী মতৌগুম মতিক-মগুণ চাউরবা বিচিত্রবীর্য্যস্থ রমনী পূমনমককী থমোইদা মিহোবা অমদি অপাম্বগী ইথক হৌহনখি ।।৬৯।। মতৌ অদুমনা মথোং কায়কপা বিচিত্রবীর্য্য নিংথৌনা চহি তরেৎ চুপনা অম্বিকা অমদি অম্বালিকাগা লোয়নননা কা হেল্লা তিল্লবদগী বীর্য্য মরেং ভাবদগী পোকপা যক্ষ্মা রোগ কৌবা লাইথুং মশাদা পানখি ।।৭০॥ মতম অদুদা মরূপ-মপাং পুমনমক অমদি থাজনিংঙাই ওইরবা হৈশিংলবা মাইবা কবিরাজ পূমনমক তিন্নদুনা লাইনা অদুবু কোক্লবা হোৎনখি ; অদুবু মখোয় না তৌবা হিদাক লাংথক পূমনমক অদু ইকান কান্নদনা সুমিৎনা অস্তাচলদা চায়থরকপা খাবা গুম হৌজবগুম নিংথৌ বিচিত্রবীর্য্য অসি নৌনা যমালয়দা চৎখি ।।৭১॥ মতম অদুদা ধর্ম্মচেল্লবা গঙ্গাগী মচানিপা ভীষ্মনা য়ামনা য়ানা মুডাইতনা রাজপুরোহিতশিং অমদি কুরু শাগৈগী অথোই অথোইবা

রাজ্ঞো বিচিত্রবীর্য্যস্য সত্যবত্যা মতে স্থিতঃ। ঋত্বিগ্‌ভিঃ সহিতো ভীষ্মঃ সর্ব্বৈশ্চ কুরুপুঙ্গবৈঃ ॥৭৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
সম্ভবে বিচিত্রবীর্য্যোপরমো নাম ষণ্ণবতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥৯৬॥

—'•—

পাত্র মিত্র খিবিককা লোয়নননা, সত্যবতীগী মত মতুংইন্না বিচিত্রবীর্য্য নিংথৌগী শ্রাদ্ধনচিংবা প্রেত-কার্য্য পুমনমক তৌখি ॥৭২—৭৩॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারততা শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতা আদিপর্ব্বদা
সম্ভবতা বিচিত্রবীর্য্যোপরম কৌবা মরিফুতরাতরুকশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

——(•)——

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব্ব—সম্ভবে ভীষ্মসত্যবতীসংবাদে

### ( মরিফুতরাতরেংশুবা অধ্যায় )

—(*)—

বৈশম্পায়ন উবাচ।

ততঃ সত্যবতী দীনা কৃপণা পুত্রগৃদ্ধিনী। পুত্রস্য কৃত্বা কার্য্যাণি স্নুষাভ্যাং সহ ভারত ॥১॥
সমাশ্বাস্য স্নুষে তে চ ভর্ত্তৃশোকনিপীড়িতে। ধর্ম্মঞ্চ পতিবংশঞ্চ মাতৃবংশঞ্চ ভাবিনী ॥২॥
প্রসমীক্ষ্য মহাত্মানং গাঙ্গেয়মিদমব্রবীৎ। দুঃখার্দ্দিতা তু সা দেবী মজ্জন্তী শোকসাগরে ॥৩॥
শান্তনোর্ধর্ম্মনিত্যস্য কৌরব্যস্য যশস্বিনঃ। ত্বয়ি পিণ্ডশ্চ কীর্ত্তিশ্চ সন্তানশ্চ প্রতিষ্ঠিতঃ ॥৪॥
যথা কর্ম্ম শুভং কৃত্বা স্বর্গোপগমনং ধ্রুবম্। যথা চায়ুর্ধ্রুবং সত্যে ত্বয়ি ধর্ম্মস্তথা ধ্রুবঃ ॥৫॥
বেত্থ ধর্ম্মাংশ্চ ধর্ম্মজ্ঞ! সমাসেনেতরেণ চ। বিবিধাস্ত্বং শ্রুতীর্বেত্থ বেদাঙ্গানি চ সর্ব্বশঃ ॥৬॥

বৈশম্পায়ননা হায়খি— মহারাজ জনমেজয়! অদুগী মতুংদা অব্বাবা ঈপাক্তা তারবী, থোইদোক্না মথৱাই সু'ঙাইত্রবী, লাংতক্লরবী অমদি মচা পামজরবী সত্যবতী দেবীনা মমৌ লুখ্রাবীশিংহুগা লোয়নননা মচা বিচিত্রবীর্য্যগী প্রেতকর্ম্ম পূম্বা তৌরগা; মপুরোইবা কায়নবী মমৌ অনিহুবু থেমজিন্দুনা, ধর্ম্মনা মাংগদবা, মপুরোইবগী অমদি মপামলোমগী পিতৃলোককী বংশগী মুৎকদবা অদু য়ামনা লাংতক্লনা চিংনহুনা পুকচেল চাওরবা ভীষ্মদা ঋা অসি হায়খি ॥১—৩॥ ভীষ্ম! হৌজিক্তি ধর্ম্ম চেংবা মিংচৎ চাওরবা নপাবুং শান্তনু মহারাজগী শাগে অদু মুত্তনবা মরী অমদি মিংচৎ পুমনমক অসি নঙোন্দা লৈরবনিদো ॥৪॥ পুণ্য কর্ম্ম তৌরগা স্বর্গ ফংবা; অদুগা অচুম্বা ঙাংলগা পুনশি শাংবা হায়নহনা লেংবা ফোংবা য়াদবা মথৈ অমা ওইনা অসুমনা ভীষ্ম নঙোন্দসু ধর্ম্ম হায়বহনা লেংদনা মরৈরগদবনি ॥ ৫ ॥ ধর্ম্ম খংলবা! নহাক্তি ধর্ম্ম পুম্বগী তত্ত্বসু শমনা অমদি শন্দোক্না লোইনা খংলবনিদো; অসিদা

ব্যবস্থানঞ্চ তে ধর্ম্মে কুলাচারঞ্চ লক্ষয়ে। প্রতিপত্তিঞ্চ কৃচ্ছ্রেষু শুক্রাঙ্গিরসয়োরিব ॥৭॥
তস্মাৎ সুভৃশমাশ্বস্য ত্বয়ি ধর্ম্মভৃতাং বর। কার্য্যে ত্বাং বিনিযোক্ষ্যামি তচ্ছ্রুত্বা কর্ত্তুমর্হসি ॥৮॥
মম পুত্রস্তব ভ্রাতা বীর্য্যবান্ সুপ্রিয়শ্চ তে। বাল এব গতঃ স্বর্গমপুত্রঃ পুরুষর্ষভঃ ॥৯॥
ইমে মহিষ্যৌ ভ্রাতুস্তে কাশিরাজসুতে শুভে। রূপযৌবনসম্পন্নে পুত্রকামে চ ভারত। ॥১০॥
তয়োরুৎপাদয়াপত্যং সন্তানায় কুলস্য নঃ। মন্নিয়োগান্মহাবাহো! ধর্ম্মং কর্ত্তুমিহার্হসি ॥১১॥
রাজ্যে চৈবাভিষিচ্যস্ব ভারতাননুশাধি চ। দারাংশ্চ কুরু ধর্ম্মেণ মা নিমজ্জীঃ পিতামহান্ ॥১২॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

তথোচ্যমানো মাত্রা চ সুহৃদ্ভিশ্চ পরন্তপঃ। প্রত্যুবাচ স ধর্ম্মাত্মা ধর্ম্ম্যমেবোত্তরং বচঃ ॥১৩॥
অসংশয়ং পরো ধর্ম্মস্ত্বয়া মাতরুদাহৃতঃ। ত্বমপত্যং প্রতি চ মে প্রতিজ্ঞাং বেত্থ বৈ পুরা ॥১৪॥
জানাসি চ যথা বৃত্তং শুল্কহেতোস্ত্বদন্তরে। স সত্যবতি! সত্যং তে প্রতিজানাম্যহং পুনঃ ॥১৫॥
পরিত্যজেয়ং ত্রৈলোক্যং রাজ্যং দেবেষু বা পুনঃ। যদ্বাপ্যধিকমেতাভ্যাং ন তু সত্যং কথঞ্চন ॥১৬॥
ত্যজেচ্চ পৃথিবী গন্ধমাপশ্চ রসমাত্মনঃ। জ্যোতিস্তথা ত্যজেদ্রূপং বায়ুঃ স্পর্শগুণং ত্যজেৎ ॥১৭॥

---

নত্তনা মথল মথা ময়াম্বা বেদ বেদাঙ্গ পুমনমক লোইনা খংহনা লৈরবা মী অমনি ॥৬॥ নংগী নশাদা ধর্ম্মগী লৈফম শাগৈগী চৎনবা নিয়মগী বিচার অহংগা অব্রাবা খুদোংথীবা মতমদা শুক্র অমদি বৃহস্পতি গুম্বগা খুদক্তা থবক পাংথোক্লবগী জ্ঞান পুমনমক লেংদনা লৈবা উবি ॥৭॥ মরম অদুনা ধর্ম্ম খংলবা! নংগী নথক্তা থাজবগা লোযননা থবক অমতং শিন্ননিংঙি, মাহ তারগা নং শোয়দনা তৌ ॥৮॥ ইচা বিচিত্রবীর্য্য অদো নংগী ননাওনিদো ইবুংঙো; মপাঙ্গল কল্লমথ্রবা ননাও অদো নংগীস্থ চান্নথোইবা অমা ওইরম্বনি; অহংগা নমাও অদো মচা অমা ফাওবা থমলমদনা চহী মতম চাদনা অঙাং ওইনা শিখ্রে ॥৯॥

মহাককী মহারাণী ননাওসুপী অনিসি থনম্মি, নহা ওইরিবী মথোৎ কারকপদা ঙায়রিবী, রূপ-গুণ পুমনমকনা তিল্লবী কাশী নিংথৌগী মচাম্নপী মক্তনি; তদুগী মথক্তা মচা ফংনিংবনা লাংতক্লরবীনি মরম অদুনা নংনা শাগৈ অসি মুত্তনবা ঐগী যাথং ইন্দুনা মখোয়নিগী গর্ভদা নচা পোকউ, মাহ শোয়দনা তৌরগা মাহগী ধর্ম্ম ফংবস্থ ওইয়ু ॥১০—১১॥ নত্রগা নশা নথম্মমক অভিষেক্ তৌজরগা নিংথৌ ওইহনা ভরতবংশ কোবা শাগৈ অসি ঙাকউ, ধর্ম্মগী মতুংইন্না স্ত্রপী খিরো; ঐনা হায়গদৌবা হায়ববু—নোঙ্গাখ্রবা নবুধৌশিংদো অমুক নরকতা তাহল্লগন্থু ॥১২॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি— মমানা অমদি মরূপ মপাং অতৈনা 'শুম হায়রবদা ধর্ম্মচেল্লবা ভীষ্মনা ধর্ম্ম অমদি নীতিনা য়াবা ৱাহৈনা পাওখুম পীখি ॥১৩॥ ইমা! হায়রিবা পুম্বদো অশেংবা ধর্ম্মগী ৱা মক্তনি, অদুমদি ওইরবদা ইচা পোক্লনবগী মতাং অমা য়াওখিখ্রবাহুগী মরমদদি অমুক হায়জনীংঙাই লৈতে; মমাংইৗদগী ঐনা কল্লবা ৱাশক অমা লৈরি হায়রবসি ইমানা শংবিরিবাম্ব মঙাই ॥১৪॥ ইমাগী লুহোংবা মতমদা থোকখিলা থৌদোক অমদি মাঙদা ঐনা—ৱাশকখিবা পুম্বা ইমানা খংবিরিবহনি, অদুনা ইমা! অমুকস্থ ঐ ইমাগী মাংদা ৱাশকচরি ॥১৫॥ মরোল অহুম থাদোকপা ঙমগনি, স্বর্গগী সিংহাসন থাদোকপা ঙমগনি, অনিসিদগী হেনবা অতৈখুম্ন থাদোকপা ঙমগনি; অদুগা হায়খিবা অচুম্বা ৱাতদি করিগুম্বদা থাদোকপা ঙম্মোই ॥১৬। লৈপাক্‌না

প্রভাং সমুৎসৃজেদর্কো ধূমকেতুস্তথোষ্ণতাম্ । ত্যজেচ্ছব্দং তথাকাশং সোমঃ শীতাংশুতাং ত্যজেৎ ।।১৮।।
বিক্রমং বৃত্রহা জহ্যাদ্ধর্ম্মং জহ্যাচ্চ ধর্ম্মরাট্ । ন ত্বহং সত্যমুৎস্রষ্টুং ব্যবসেয়ং কথঞ্চন ।।১৯।।
এবমুক্তা তু পুত্রেণ ভূরিদ্রবিণতেজসা । মাতা সত্যবতী ভীষ্মমুবাচ তদনন্তরম্ ।।২০।।
জানামি তে স্থিতিং সত্যে পরাং সত্যপরাক্রম ! ইচ্ছন্ সৃজেথাস্ত্রীঁল্লোকানন্যাংস্ত্বং স্বেন তেজসা ।।২১।।
জানামি চৈব সত্যং তন্মদর্থে যচ্চ ভাষিতম্ । আপদ্ধর্ম্মমবেক্ষস্ব বহ পৈতামহীং ধুরম্ ।।২২।।
যথা তে কুলতন্তুশ্চ ধর্ম্মশ্চ ন পরাভবেৎ । সুহৃদশ্চ প্রহৃষ্যেরংস্তথা কুরু পরন্তপ ! ।।২৩।।
লালপ্যমানাং তামেবং কৃপণাং পুত্রগৃদ্ধিনীম্ । ধর্ম্মাদপেতং ব্রুবতীং ভীষ্মো ভূয়োঽব্রবীদিদম্ ।।২৪
রাজ্ঞি ! ধর্ম্মানবেক্ষস্ব মা নঃ সর্বান্ ব্যনীনশঃ । সত্যাচ্চ্যুতিঃ ক্ষত্রিয়স্য ন ধর্ম্মেষু প্রশস্যতে ।।২৫।।
শান্তনোরপি সন্তানং যথা স্যাদক্ষয়ং ভুবি । তত্তে ধর্ম্মং প্রবক্ষ্যামি ক্ষাত্রং রাজ্ঞি ! সনাতনম্ ।।২৬।।
শ্রুত্বা তৎ প্রতিপদ্যস্ব প্রাজ্ঞৈঃ সহ পুরোহিতৈঃ । আপদ্ধর্ম্মার্থকুশলৈর্লোকতন্ত্রমবেক্ষ্য চ ।।২৭।।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্বণি
সম্ভবে ভীষ্মসত্যবতীসংবাদে সপ্তনবতিতমোঽধ্যায়ঃ ।।০।।

— —(০ ——

মনম থাদোকখিবা য়াই, ইশিংনা মহাও থাখিবা যাই, মঙালনা মশক থাখিবা যাই, মুংশিংনা অশোকপগী গুণ থাদোকখিবা যাই ।।১৭।। ঙমিংনা মশেক-মঙাল থাদোকখিবা যাই, মৈনা অশাবা গুণ থাখিবা য়াই, আকাশনা শব্দ থাবা য়াই, থানা ঈংলবা মপাল থাদোকখিবা যাই ।।১৮।।

ইন্দ্রনা পাঙ্গল থাদোকপা য়াই ; ধর্ম্মরাজস্থু ধর্ম্মবু থাদোরকপা য়াই , অদুবু ঐতদি হায়খিবা ব্বাবু থাদোকপা ঙমলোই ।। ১৯ ।। মতিক মগুণ থোইনা চাওববা, ভীষ্মনা অসুম হায়রবদা, মমা সত্যবতীনা ভীষ্মদা হাযখি ।। ২০ ।। অচুম্বনা পাঙ্গল ওইবা ভীষ্ম ! কল্লবা ব্বাশক অমগী মখাপোম্না লৈরিবদো ইমা খংজি ভীষ্ম ! নংনবু তৌগে মনীংলবদি নংগী তোঙালবা মরোল অচুম অমা শেমগে ঙম্নবা নহাক্কি ! ।। ২১ ।। ভীষ্ম ! নংগী ব্বাশক অদু ঐ খংজি, ঐগী দমক্ত মমাংদৈদা নংনা তৌখিবা ব্বাশক অদুসু খংজি, কাওদ্রি । অদুবু অম্বাবা খুদোংথীবা মতমদা চৎবদবা ধর্ম্মগী মওংসু মযেং , অরুম্বা ভার অসিনদি নথক্ত ভারবনি, মাসি নং পু ।। ২২ ।। ধর্ম্ম অমদি বংশ মুত্তনবা, শাগে নাতে মরুপ মপাং পুম্বনা পেম্নবা ; নংনা থবুনা অদুম মতৌ ।। ২৩ ।। মচা পাম্বী সত্যবতীনা য়াম্না লাংতক্লনা ব্বানা হয়া হয়া অসুম হায়রবদা অমদি মরক মরক্তা ধর্ম্ম কায়না ব্বাসু হায়রবদা ভীষ্মনা অমুক সত্যবতীদা হায়খি — ইমা ! মহাবানী ! ধর্ম্মগী মরমদা অমুক্তগা মুম্না থম্ভনা য়েংবীযু ! ধর্ম্মবু য়েংদনা ঐখোয় পুম্ববু মাংননাবস্থ তৌবিগনু ; ক্ষত্রিয়যানি হায়ঙনা নত্তবা কর্ম্ম তৌতুনা ধর্ম্মদা ভ্রষ্ট ওইযু হায়বসে ধর্ম্ম শাস্ত্রদা থক য়াওদে ।। ২৪—২৫ ।। লৈবাক্কী মবেম্মা ইমা ! শান্তনুগী বংশনা অমাংবা লৈত্রিবা অমদি লৈ-রোইদবা; ক্ষত্রিয়শিংনা চৎনরক্লিবা ধর্ম্মদো ঐ হায়জগে ।। ২৬ ।। মাসিবু মুম্না তাবিরগা আপদ্ধর্ম্মগী মরমদা মুম্না খংলবা পুরোইবাশিংগা অমত্তা ওইনা লোকতা চৎনরিবা ব্যবহার পুম্নমক কয়দনা তাম্নগা অহগুম্বা অপদ্ধর্ম্ম তদো তৌবিয়ু ।। ২৭ ।।

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারততা শ্লোক লিশিং চাম্না শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা
আদিপর্ব্বদা সম্ভবদা ভীষ্ম সত্যবতী সংবাদ কৌবা মরিফুতারাতবেৎ শুবা অধ্যায় লোইরে ।।০।।

# শ্রীমহাভারতম্।

## আদি পর্ব্ব— সম্ভবে ভীষ্মসত্যবতীসংবাদে

(মরিফুত্তরানিপাল শুবা অধ্যায়ঃ)

——:(*):——

ভীষ্ম উবাচ।

জামদগ্ন্যেন রামেণ পিতুর্বধমমৃষ্যতা। রাজা পরশুনা পূর্বং হৈহয়াধিপতির্হতঃ ॥ ১ ॥
শতানি দশ বাহূনাং নিকৃত্তান্যর্জ্জুনস্য বৈ। লোকস্যাচরিতো ধর্ম্মস্তেনাতি কিল দুশ্চরঃ ॥২॥
পুনশ্চ ধনুরাদায় মহাস্ত্রাণি প্রমুঞ্চতা। নির্দহং ক্ষত্রমসকৃদ্রথেন জয়তা মহীম্ ॥৩॥
এবমুচ্চাবচৈরস্ত্রৈর্ভার্গবেণ মহাত্মনা। ত্রিঃসপ্তকৃত্বঃ পৃথিবী কৃতা নিঃক্ষত্রিয়া পুরা ॥ ৪ ॥
এবং নিঃক্ষত্রিয়ে লোকে কৃতে তেন মহাত্মনা। ততঃ সম্ভূয় সর্ব্বাভিঃ ক্ষত্রিয়াভিঃ সমন্ততঃ ॥৫ ॥
উৎপাদিতান্যপত্যানি ব্রাহ্মণৈর্বেদপারগৈঃ। পাণিগ্রাহস্য তনয় ইতি বেদেষু নিশ্চিতম্ ॥ ৬॥
ধর্ম্মং মনসি সংস্থাপ্য ব্রাহ্মণাংস্তাঃ সমভ্যযুঃ। লোকেহপ্যাচরিতো দৃষ্টঃ ক্ষত্রিয়াণাং পুনর্ভবঃ ॥ ৭ ॥
ততঃ পুনঃ সমুদিতং ক্ষত্রং সমভবত্তদা। ইমঞ্চৈবাত্র বক্ষ্যামি ইতিহাসং পুরাতনম ॥৮॥
অথোতথ্য ইতি খ্যাত আসীদ্ধীমানৃষিঃ পুরা। মমতা নাম তস্যাসীদ্ভার্য্যা পরমসম্মতা ॥৯॥

---

ভীষ্মনা হায়খি— মমাংভৈদা জামদগ্নিগী মচানিপা পরশুরামনা মপা হাৎখিবা অদু খাংবা ভমদদুনা শীংজংনা কার্ত্তবীর্য্যার্জ্জুনবু হাৎখি ॥ ১ ॥ মহাক্কা কার্ত্তবীর্য্যার্জ্জুনগী মপাম্বোম লিশিং অমা কক্কুনা ঈ অহনা পিতৃ তর্পণ তৌহুনা, মী অমগী মফমদা তৌভমত্রবা ওইথোক্কবা থবক অসি তৌহুনা ধর্ম্ম তাক্লম্মি ॥ ২ ॥ অমুক হন্না মহাক্কা মথুত্তা লীকং পায়দুনা, রথ তোংদুনা পৃথিবী পুম্বা জয় তৌবা লাকপদা, তমথিনা থোরবা খুৎলাই মখল মখলনা ক্ষত্রিয়বংশবু হন্না হন্না মরু ক্ষনা মাংহল্লি ॥৩॥ মহাত্মা ওইরবা পরশুরামনা, মখল মখা অয়াম্বা খুৎলাইনা মতৌ অসুম্না পৃথিবীদা লৈবা, ক্ষত্রিয় পুম্নমকপু মাংহন্দুনা পৃথিবীদা কুনমাথোইরক ক্ষত্রিয় শাগে অমতা লৈহল্লমদে ॥৪॥ মতৌ অসুম্না মহাত্মা পরশুরামনা ক্ষত্রিয় পুম্বা মাংহল্লবদা ক্ষত্রিয়শিংগী মুপী লুপ্‌ত্রাবীশিংনা ব্রাহ্মণশিংগা চারোল মৌরোল্লদুনা মচা পোক্লখি। মরমদি বেদদা অসুম্না লৈ ক্ষেত্র অদুদা পোকপা মচাদি ক্ষেত্র অহবু বিবাহ তৌখিবদুগী মচানি ॥৫-৬॥

✓ অদুগা লুপ্‌ত্রাবী ক্ষত্রিয় মুপীশিং অদুনা মপুক্লিংদা ধর্ম্মগী দমক্তনিকো অসুম হায়না খল্দুনা ব্রাহ্মণশিংগী মফমদা মশা মশামক্কা চংলম্মি; অদুগা অসিদসু নত্তনা ক্ষত্রিয়শিংগী অশেংবা ক্ষত্রিয় মচাসু অতোল্লা বোপি অমদা পোক্ল,বসি লোকাচার ওইনা হৌজিকসু অদুমক মউনরি ॥ ৭ ॥ অহানবীদি মীরোল মথং মথং ক্ষত্রিয়শিংগী জাতিশিং অসি কায়দনা লৈখি। বিষয় অসিদা কুইপ্‌ত্রবা ইতিহাসগী ঋষি খর লীগে ॥৮॥ মমাংভৈদা উতথ্য কৌবা রাজা হৈশিংগ্‌ত্রবা ঋষি অমা লৈরম্মি, অদুগা মাগী

উতথ্যস্য যবীয়াংস্তু পুরোধাস্ত্রিদিবৌকসাম্ । বৃহস্পতির্বৃহত্তেজা মমতামন্বপদ্যত ॥১০॥
উবাচ মমতা তন্তু দেবরং বদতাং বরম্ । অন্তর্ব্বত্নী ত্বহং ভ্রাত্রা জ্যেষ্ঠেনারম্যতামিতি ॥১১॥
অয়ঞ্চ মে মহাভাগ ! কুক্ষাবেব বৃহস্পতে ! ঔতথ্যো বেদমত্রাপি ষড়ঙ্গং প্রত্যধীয়ত ॥ ১২ ॥
অমোঘরেতাস্ত্বঞ্চাপি দ্বয়োর্নাস্ত্যত্র সম্ভবঃ । তস্মাদেবং গতেঽদ্য ত্বমুপারমিতুমর্হসি ॥১৩॥
এবমুক্তস্তয়া সম্যগ্ বৃহত্তেজা বৃহস্পতিঃ । কামাত্মানং তদাত্মানং ন শশাক নিয়চ্ছিতুম্ ॥১৪॥
স বভূব তদা কামী তয়া সার্দ্ধমকাময়া । উৎসৃজন্তন্তু তং রেতঃ স গর্ভস্থোঽভ্যভাষত ॥১৫॥
ভোস্তাত ! মা গমঃ কামং নাস্ত্যন্তরমিহ দ্বয়োঃ । অল্পোঽবকাশো ভগবন্ ! পূর্ব্বঞ্চাহমিহাগতঃ ।

অমোঘরেতাশ্চ ভবান্ পীড়াং কর্ত্তুং ন মেঽর্হতি ॥১৬॥

অশ্রুত্বৈব চ তদ্বাক্যং গর্ভস্থস্য বৃহস্পতিঃ । জগাম মৈথুনায়ৈব মমতাং চারুলোচনাম্ ॥১৭॥
শুক্রোৎসর্গং ততো বুদ্ধা তস্যা গর্ভগতো মুনিঃ । পদ্ভ্যামরোধয়ন্মার্গং শুক্রস্য চ বৃহস্পতেঃ ॥১৮॥
স্থানমপ্রাপ্তমথ তচ্ছুক্রং প্রতিহতং তদা । পপাত সহসা ভূমৌ ততোঽক্রুধ্যদ্বৃহস্পতিঃ ।১৯॥
তদ্দৃষ্ট্বা পতিতং শুক্রং শশাপ স রুষান্বিতঃ । উতথ্যপুত্রং গর্ভস্থং নির্ভৎস্য ভগবানৃষিঃ ॥২০॥

---

মমতা কৌবী য়াম্না মুংশিজখ্রবী মুপী অমা লৈরম্মি ॥৯॥ নোংমা উতথ্য অসিগী মনাও নিপা অতোপ্পা, দেবতাশিংগী পুরোহিত অমদি য়াম্না তেজবীর্য্য লৈরবা বৃহস্পতি হায়বা অসিনা মমতা অসিগী মনাক্তা চংড়ুই ॥১০॥ অদুদা মমতানা ঋাহৈ ঋাতা হৈরবা মনাও নিপাগী মফমদা হায়খি—নংগী নয়াম্বা অহনগী গর্ভ পুরি ঐদি; অদুনা থবক অসি তৌগনু ॥১১॥ বৃহস্পতি ! ঐগী পুকমুংদা নয়াম্বা, মহাত্মা উতথ্যগী মচা অমা লৈরি, অদুগা মহাক্লা পুকমুং অসিদা লৈন-লৈন অঙ্গ তককা লোয়নবা বেদবু তমদুনা নৈনদুনা লৈরি ॥১২॥ নহাকসু অরেম্বদা মাংলরোইদবা বীর্য্য পুরিবা নিপা অমানি; মরম অদুনা ঐগী পুক অসিদা ইচা অনি পুবগী মফম লৈরোই। মরম অদুনা অবস্থা অসিদা ঐনা লৈরিভৈদা থবক অসি তৌগনু ॥১৩॥ মমতানা অসুম হায়রবদা থোইদোক্লা তেজ-বীর্য্য কল্লবা বৃহস্পতিনা হোৌগৎলকইবা কামগী ইথকপু থিংবা ঙমথিদরে ॥১৪॥ মতম অদুদা মহাক্লা কামগী ঋাথল লৈত্রবী মমতাগী মফমদা কাম ব্যবহার তৌগে হায়না থল্লে। মতম অদুদা গর্ভদা লৈরিবা অঙাং অদুনা হায়রকই ॥১৫॥ হে পিতৃব্য ! অসিগুম্বা কাম ব্যবহার থক তৌগনু; মফম অসিদা মী অনিগী মফম লৈতে; মরমদি মফম অসি য়াম্না পিকই; অদুগা মফম অসিদা ঐনসু হায়া লৈরমলবনি; অহুগা নহাকসু অমাং অতা লৈত্রবা বীর্য্য পুরিবা নিপা অমানি; মরম অদুনা ঐগী অঋা অনা পোকহনবিরোইদবনি ॥১৬॥ বৃহস্পতিনা গর্ভদা লৈরিবা অঙাং অহুগী ঋা ইতা তাদনা মমতাগা উনগে হায়গুনা নিংশিজরবী মমতাবু কোনখি ॥১৭॥ অহুগী মতুংদা গর্ভদা লৈরিবা মুনিগী মচা অহনা বীর্য্য তাররূমদায়গী মতম খংহুনা মখোং অনিনা বীর্য্য চংলক্লবগী লম্বী অদ, থিংহনা থমখি ॥১৮॥ মতম অদুদা বীর্য্য অদু থিংখিবা অদুদা নাউফমদা চংবা ঙমদহনা নাম্বরক্তুনা লৈমাইথক্তা তাখি; মাদুদা বৃহস্পতিনা খোইরোক্লা শাওখি ॥১৯॥ মতিক মগুণ চাউরবা বৃহস্পতিনা বীর্য্য থাহনা লৈবাক্তা তাহনা লৈবহু উহনা খোইরোক্লা শাওনা গর্ভদা লৈরিবা উতথ্যগী মচাদা য়াম্না থিনা চৌদুনা শাপ তৌখি ॥২০॥

যস্মাৎ ত্বমীদৃশে কালে সর্বভূতেপ্সিতে সতি। এবমাথ বচস্তস্মাত্তমো দীর্ঘং প্রবেক্ষ্যসি ॥২১॥
স বৈ দীর্ঘতমা নাম শাপাদৃষিরজায়ত। বৃহস্পতের্বৃহৎকীর্তের্বৃহস্পতিরিবৌজসা ॥২২॥
জাত্যন্ধো বেদবিৎ প্রাজ্ঞঃ পত্নীং লেভে স বিদ্যয়া। তরুণীং রূপসম্পন্নাং প্রদ্বেষীং নাম ব্রাহ্মণীম্ ॥২৩॥
স পুত্রান্ জনয়ামাস গৌতমাদীন্ মহাযশাঃ। ঋষেরুতথ্যস্য তদা সন্তানকুলবৃদ্ধয়ে ॥২৪॥
ধর্মাত্মা চ মহাত্মা চ বেদবেদাঙ্গপারগঃ। গোধর্মং সৌরভেয়াচ্চ সোঽধীত্য নিখিলং মুনিঃ ॥২৫॥
প্রাবর্তত তথা কর্তুং শ্রদ্ধাবাংস্তমশঙ্কয়া। ততো বিতথমর্যাদং তং দৃষ্ট্বা মুনিসত্তমাঃ ॥২৬॥
ক্রুদ্ধা মোহাভিভূতাস্তে সর্বে তত্রাশ্রমৌকসঃ। অহোঽয়ং ভিন্নমর্যাদো নাশ্রমে বস্তুমর্হতি ॥২৭॥
তস্মাদেনং বয়ং সর্বে পাপাত্মানং ত্যজামহে। ইত্যন্যোন্যং সমাভাষ্য তে দীর্ঘতমসং মুনিম্ ॥২৮॥
পুত্রলাভাচ্চ সা পত্নী ন তুতোষ পতিং তদা। প্রদ্বিষন্তীং পতির্ভার্য্যাং কিং মাং দ্বেক্ষীতি চাব্রবীৎ ॥২৯॥

প্রদ্বেষ্যুবাচ।

ভার্য্যায়া ভরণাদ্ভর্তা পালনাচ্চ পতিঃ স্মৃতঃ। অহং ত্বাং ভরণং কৃত্বা জাত্যন্ধং সসুতং তদা।
নিত্যকালং শ্রমেণার্তা ন ভরেয়ং মহাতপঃ। ॥৩০॥

---

জীব পানবা পুম্নমক্কী পাম্নবিবা অসিগুম্বা ফজবা মুংঙাইবা মতম অসিদা নংগুম্বনস্মু অদুম্না ঐগোন্দা ভাংবা শারি অদুগা মুংশি হৈত্রেবা তমথিরবা থবক অসিস্মু নংনা তৌরি, অদুনা নং মতম কুইনা নমিৎ তাংদ্না লৈয় ॥২১॥ মিংচৎ চাউরবা বৃহস্পতিনা তৌরিবা শাপকী ম্বাহৈ অসিগী মতুংইন্না উতথ্যগী মচা অসিগী মমিং দীর্ঘতমা হায়না কৌখি, অদুগা মহাকসি মশাগী তপস্যাগী পাম্বৈনা বৃহস্পতিমক্কা মান্নখি ॥২২॥ বেদ খংলবা পণ্ডিত দীর্ঘতমানা মমিৎ তাংলবস্মু বিদ্যাগী পাঙ্গলনা প্রদ্বেষী কৌবী নিংথিজবী ব্রাহ্মণগী যুবতী কন্যা অমাবু ভার্য্যা ওইনা ফংখি ॥২৩॥ মিংচৎ চাউরবা দীর্ঘতমা হায়বা অসিনা উতথ্য মুনিগী বংশগী চাউখৎলবা গৌতমনা চংবা মচাশিং পোকখি ॥২৪॥ ধর্ম্ম চেন্নবা, পুক্চেল চাওববা, বেদ বেদাঙ্গ পুম্নমক হৈরবা দীর্ঘতমা কৌবা মুনিনা সুরভিগী মচাদগী গোধর্ম্ম পুম্নমক তমদ্না, ধর্ম্ম অসিতদা মহাক্না থাজদ্না, অকিব-চিংনবা লৈতনা গোধর্ম্ম কৌবা ধর্ম্ম অসি প্রচার তৌবা হৌরক্লে। অদুগী মতুংদা আশ্রমদা লৈবা মী পুম্নমক্না মহর্ষি দীর্ঘতমানা তৌরিবসি মীনম্বা তৌশিন্নবনি হায়বসি উরদ্না অদুগা শাওরদ্না মহাকপু কন্নক য়েংথিদ্না অমগা অমগা মা ভাংনরকই—কয়াদা ওকখ্রবনো। দীর্ঘতমানা হৌনবা চৎকদবা লমচৎ পুম্নমক থাদোক্লে। অদ্না মহাক অসি আশ্রম অসিদা লৈবা মতিক চাদ্রে; মরম অদ্না পাপ চেন্নবা মহাক অসি ঐখোয়গী আশ্রম অসিদা লৈহন্নসুসি ত্যাদ্মোক্লসি।" অমুম হায়না অমগা অমগা মা তানদুনা দীর্ঘতমাবু আশ্রমদগী ঈম্মোকখ্রে ॥ ২৫—২৮॥ অহানবদা মচা অমা পোকখিবগা অদুগা মতম অদুদা গোধর্ম্ম প্রচার তৌবতদা পুক্নিং চংখিবগা মহাকী মতু প্রদ্বেষীমক্না মাবু য়েংথিদ্রে। দীর্ঘতমানা মহুদা হায়খি— "নংনা ঐবু য়েংথিরিবসি করিগীনো ?" ॥২৯॥

প্রদ্বেষীনা খুম্মি—স্বামী। মাগী মুপীবু য়োকপি থাকপি হায়দুনা মপুদ্রোইববু "ভর্তা" হায়বগি ভর্তা কৌই অমগা মাগী মুপীবু ভাকপি শেনবি হায়দুনা পতি কৌনরিবনি। অদুবু মহাক মথা—অদুনা ঐনা মহাকপু ঈচাশিং অসিগা লোয়ননা মতম অনাদসি য়োক থাকনবগি পৌরিবকি ঐহ; [illegible]

ভীষ্ম উবাচ ।

ততস্তদ্বচনং শ্রুত্বা ঋষিঃ কোপসমন্বিতঃ । প্রত্যুবাচ ততঃ পত্নীং প্রদ্বেষীং সসুতাং তদা ।
নীয়তাং ক্ষত্রিয়কুলে ধনার্থশ্চ ভবিষ্যতি ॥৩১॥

প্রদ্বেষ্যুবাচ ।

ত্বয়া দত্তং ধনং বিপ্র ! নেচ্ছেয়ং দুঃখকারণম্ । যথেষ্টং কুরু বিপ্রেন্দ্র ! ন ভরেয়ং যথা পুরা ॥৩২॥

দীর্ঘতমা উবাচ ।

অদ্যপ্রভৃতি মর্য্যাদা ময়া লোকে প্রতিষ্ঠিতা । এক এব পতির্নার্য্যা যাবজ্জীবং পরায়ণম্ ॥৩৩॥
মৃতে জীবতি বা তস্মিন্ নাপরং প্রাপ্নুয়ান্নরম্ । অভিগম্য পরং নারী পতিষ্যতি ন সংশয়ঃ ॥৩৪॥
অপতীনান্তু নারীণামদ্যপ্রভৃতি পাতকম্ । যদ্যস্তি চেদ্ধনং সর্বং বৃথাভোগা ভবন্তু তাঃ ।
অকীর্ত্তিঃ পরিবাদাশ্চ নিত্যং তাসাং ভবন্তু বৈ ॥৩৫॥
ইতি তদ্বচনং শ্রুত্বা ব্রাহ্মণী ভৃশকোপিতা । গঙ্গায়াং নীয়তামেষ পুত্রা ইত্যেবমব্রবীৎ ॥ ৩৬॥
লোভমোহাভিভূতাস্তে পুত্রাস্তং গৌতমাদয়ঃ । বদ্ধোড়ুপে পরিক্ষিপ্য গঙ্গায়াং সমবাসৃজন্ ॥৩৭॥
কস্মাদন্ধশ্চ বৃদ্ধশ্চ ভর্ত্তব্যোঽয়মিতি স্ম তে । চিন্তয়িত্বা ততঃ ক্রূরাঃ প্রতিজগ্মুরথো গৃহান্ ॥ ৩৮ ॥
সোঽনুস্রোতস্তদা বিপ্রঃ প্লবমানো যদৃচ্ছয়া । জগাম সুবহূন্ দেশানন্ধস্তেনোড়ুপেন হ ।৩৯॥

ঐ হৌজিক্তি অমুক নং যোক থাকপা ঙমজরবোই ॥ ৩০ ॥ ভীষ্মনা হায় — প্রদ্বেষীগী ৱা অসি তাবদা দীর্ঘতমানা শাওরদুনা মচাশিংগা লোয়নরিবী প্রদ্বেষীদা হায়খি ঐবু কনাগুম্বা ক্ষত্রিয় অমগী ময়ুমদা চিংদুনা পুদুনা চৎলু, মফম.অদুদা শেল য়াম্না ফংগনি ॥ ৩১ ॥ প্রদ্বেষীন' হায — "ব্রাহ্মণ ! নংনা পীবা শেল অসে অৱাবদ পী; অদুনা মাদু অমুক লৌনিংদ্রে। অস্থম ঐ হায়বদো থোকপদা তৌবিরো, ঐতদি অমুক নহাকপু থাকচ লাকচবা ঙম্মরোই" ॥ ৩২ ॥ দীর্ঘতমানা হায়খি — ঙসিদগী ঐনা নুপীনা চৎকদবা নিয়ম ব্যবস্থা পুম্নমক পীরি পুনশি চুপ্প নুপীগী পাম্বৈদি মপুরোইবতনা ওইগদবনি ॥ ৩৩ ॥ মপুরোইবদুনা শিখ্রবা অমদি হিংঙনা লৈরিবথৈ নুপীনা কনাগুম্বা নিপাবু মাগী চংজফম ওইহনবা য়াদে ; নুপীনা নিপা অমগা উন থোৎনরবদি খুদক্তা লৈথা তাগদবনি ॥ ৩৪ ॥ ঙসিদগী হৌনা লুখ্রাবীনা অতোপ্পা নিপা অমগা তিন্নরবদি পাপ পুগনি, অদুগা মপুরোইবনা থনম্বা লল থুম পুমনমক অদু শিজিন্নবা অমদি চারবদি বিধবাশিং অদুগী হিংদুনা লৈবগী পুনশি অদো অরেম্বদা তাগনি, অদুগা মাদ্বু ভোগ তৌরুরবদি মখোয়বু মীনা নিন্দা শোযদনা তৌগদবনি অদগা শাগৈ নাতৈ পুমনমকনম্ব মখোয়বু থাদোক নীংগনি ॥ ৩৫ ॥ দীর্ঘতমাগী ৱা অসি তাবদা প্রদ্বেষীনা থোইদোক্না শাওনা মচাশিংদা হায়রকই— "তারিবরা ইচাশা ! নখোয় নপাসিবু গঙ্গাদা পুখ্রো চৎলু" ॥ ৩৬ ॥ গৌতমনচিংবা মচাশিংনা অপাম্বনা অমদি শুগ্গৎখিবনা দীর্ঘতমাবু পূন্দুনা পোং অমদা তোংহন্দুনা গঙ্গাগী ঈচেন্দা তাওথহনখ্রে ॥৩৭॥ অদুগী মতুংদা "হন্নুবা মিত্তাংবা অসিবু করিগী য়োকচক্কনি হায়দুনা মপুকচেল লুংমুক কল্লবা মচাশিং অদো মপাবু জন্দোক্রমদ্লনা ময়ুমদা হনখি ॥ ৩৮ ॥ হন্নুবা মিত্তাংবা ব্রাহ্মণ অদুসু লাইনা তম্বা মাইকৈদা পোং অদদা তাওরা তাওরদুনা গঙ্গাদগী ঈচেমা পুব-পুবা মাইকৈ মতুংইন্না দেশ ক্রামনা লাম্বোক্তুনা লাক্লে ॥ ৩৯ ॥

তত্র রাজা বলির্নাম সর্ব্বধর্ম্মবিশারদঃ। অপশ্যন্মজ্জনগতঃ স্রোতসাভ্যাসমাগতম্ ॥৪০॥
জগ্রাহ চৈনং ধর্ম্মাত্মা বলিঃ সত্যপরাক্রমঃ। জ্ঞাত্বা চৈনং স বব্রেঽথ পুত্রার্থং মনুজেশ্বরঃ ॥৪১॥
সন্তানার্থং মহাভাগ! ভার্য্যাসু মম মানদ! পুত্রান্ ধর্ম্মার্থকুশলানুৎপাদয়িতুমর্হসি ॥৪২॥
এবমুক্তঃ স তেজস্বী তং তথেত্যুক্তবানৃষিঃ। তস্মৈ স রাজা স্বাং ভার্য্যাং সুদেষ্ণাং প্রাহিণোত্তদা ॥৪৩॥
অন্ধং বৃদ্ধঞ্চ তং মত্বা ন সা দেবী জগাম হ। স্বাঞ্চ ধাত্রেয়িকাং তস্মৈ বৃদ্ধায় প্রাহিণোত্তদা ॥৪৪॥
তস্যাং কাক্ষীবদাদীন্ স শূদ্রযোনাবৃষির্বশী। জনয়ামাস ধর্ম্মাত্মা পুত্রানেকাদশৈব তু ॥৪৫॥
কাক্ষীবদাদীন পুত্রাংস্তান্ দৃষ্ট্বা সর্বানধীয়তঃ। উবাচ তমৃষিং রাজা মমেম ইতি ভারত ॥৪৬॥
নেত্যুবাচ মহর্ষিস্তং মমেম ইতি চাব্রবীৎ। শূদ্রযোনৌ ময়া হীমে জাতাঃ কাক্ষীবদাদয়ঃ ॥৪৭॥
অন্ধং বৃদ্ধঞ্চ মাং জ্ঞাত্বা সুদেষ্ণা মহিষী তব। অবমন্য দদৌ মূঢ়া শূদ্রাং ধাত্রেয়িকাং হি মে ॥৪৮॥
ততঃ প্রসাদয়ামাস রাজা তমৃষিসত্তমম্। বলিঃ সুদেষ্ণাং ভার্য্যাং তাং তস্মৈ স প্রাহিণোৎ পুনঃ ॥৪৯॥
তাং স দীর্ঘতমাঙ্গেষু স্পৃষ্ট্বা দেবীমথাব্রবীৎ। ভবিষ্যন্তি কুমারাস্তে তেজসাদিত্যবর্চ্চসঃ ॥৫০॥
অঙ্গো বঙ্গঃ কলিঙ্গশ্চ পুণ্ড্রঃ সুহ্মশ্চ তে সুতাঃ। তেষাং দেশাঃ সমাখ্যাতাঃ স্বনামপ্রথিতা ভুবি ॥৫১॥

---

বলি কৌবা ধর্ম্ম খংলবা কনাগুম্বা নিংথৌ অমনা গঙ্গাদা স্নান তৌগে হায়দুনা লাকলম্মি, মতম অদুদা ঈচেন্দা তাওথরক্লিবা দীর্ঘতমা মুনিবু উকরে ॥ ৪০ ॥ ধর্ম্ম চেল্লবা মপাঙ্গল মথৌনা লৈরবা বলি কৌবা নিংথৌ অদুনা দীর্ঘতমাবু পোং অদু যাননদুনা ওক্লে, অদুগা মাগী পরিচয় পুমনমক খংলবা তুংদা, নং নচা পোক্লমখো হায়না মচোন্দা হায়জখি ॥ ৪১ ॥ মহাশয! শাগৈ চাওহৌনবা ঐগী ভার্য্যা শিংগী গর্ভদা ধর্ম্মার্থ খংলবা হৈববা ইচা খবা পোকপিরম্মু ॥৪২॥ নিংথৌনা অসুম হায়রবদা দীর্ঘতমানা "ফরে, অদুমভাইবে" হায়না যাখি। অদুগী মতুংদা নিংথৌনা মাগী ভার্য্যা সুদেষ্ণাবু দীর্ঘতমাগী নাক্ত থাখি ॥ ৪৩ ॥ মহারাণী সুদেষ্ণানা দীর্ঘতমাবু মমিৎ তাংলবা অমদি হন্সুবান হংখবগা উরদুনা মাগী নাক্তা চংলুদ্রে অদুগা মানা যোকচবীগী মচা সুপী কন্যা অমবু মাগী মনাক্তা থাজিল্লে ॥৪৪॥ ধর্ম্ম চেল্লবা, ইন্দ্রিয় খুদুম চল্লবা ঋষি দীর্ঘতমানা শূদ্রা অদুগী গর্ভদা কাক্ষীবান্‌নচিংবা মচা তরামাথোই পোকখি ॥৪৫॥ কাক্ষীবান্ নচিংবা মচাশিং অদুনা বেদ পাঠ তৌবদু উদুনা নিংথৌনা দীর্ঘতমা মুনিদা হায়খি— মখোয় অসে ঐগী ইচা মক্তনি ॥৪৬॥ মতম অদুদা দীর্ঘতমা মুনিনা হায়খি— নত্তে; মখোয়সি ঐগী ইচানি; মরমদি কাক্ষীবান নচি বাশিং অসে শূদ্রাগী গর্ভদা ঐনা পোকপা ইচা মক্তনি ॥৪৭॥ মহারাজ! মহা রাজগী পংলবী মহারাণী সুদেষ্ণা অদুদি ঐবু হন্সুবানি, মিস্তাংবনি হায়দুনা উশং থৌওইদদুনা মাগী নিংথেম-সুবীগী মচা সুপী কনাগুম্বা শূদ্র কন্যা অমবু ঐগী মনাক্তা থাজিল্লকখি ॥৪৮॥ অদুদগী নিংথৌ বলিনা দীর্ঘতমাবু শাওগনসু হায়দুনা থেংজিল্লে, অদুদগী অমুক মহারাণী সুদেষ্ণাবু দীর্ঘতমাগী মনাক্তা থারকই ॥৪৯॥

অদুগী মতুংদা দীর্ঘতমানা সুদেষ্ণাগী মশা শোক্তনা হায়রকই—"দেবী! নুমিৎকা মান্নবা তেজ লৈরবা নচা নিপা মঙা পোকনি" ॥ ৫০ ॥ মখোয় অদুগী মমিংদি— অঙ্গ, বঙ্গ, কলিঙ্গ, পুণ্ড্র, অমদি সুহ্ম কৌগনি; মখোয় মহাদুগী লৈপাকশিং অদো মখোয় মখোয়গী মমিং অদুনা অদুম অগাৎতা অকাওবা দেশ মঙা ওইগনি ॥৫১॥ অঙ্গগী দেশনা অঙ্গদেশ, বঙ্গগীনা বঙ্গদেশ, কলিঙ্গগীনা কলিঙ্গদেশ সুম

অঙ্গস্যাঙ্গোঽভবদ্দেশো বঙ্গো বঙ্গস্য চ স্মৃতঃ। কলিঙ্গবিষয়শ্চৈব কলিঙ্গস্য চ স স্মৃতঃ ॥৫২॥
পুণ্ড্রস্য পুণ্ড্রাঃ প্রখ্যাতাঃ সুহ্মাঃ সুহ্মস্য চ স্মৃতাঃ। এবং বংশাঃ পুরা বংশঃ প্রখ্যাতাঃ পরমর্ষিজাঃ ॥৫৩॥
এবমন্যে মহেষ্বাসা ব্রাহ্মণৈঃ ক্ষত্রিয়া ভুবি। জাতাঃ পরমধর্ম্মজ্ঞা বীর্য্যবন্তো মহারথাঃ।
এতচ্ছ্রুত্বা ত্বমপ্যত্র মাতঃ! কুরু যথেপ্সিতম্ ॥৫৪॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
সম্ভবে ভীষ্মসত্যবতীসংবাদে অষ্টনবতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

—০ঃ০—

---

হায়না থংনখি ॥ ৫২ ॥ অহগা পুণ্ড্রগীনা পুণ্ড্রদেশ অহুগা সুহ্মগীনা সুহ্মদেশ অমুম হায়না থংনখি ॥৫৩॥ লালদা থৌরবা মহারথী ধর্ম্ম চেন্নবা মপাঙ্গল কল্লবা অমদি মহাবথ অসিগুম্বা ক্ষত্রিয় কয়া কয়া ব্রাহ্মণশিংনা জগৎ অসিদা পোকহনখিবনি। ইনা ঙ্বাবী অসি তারগা হোঙ্গিক্কি ইথানা তৌবিগদবা অমুম ফৈ হাযনা থনবদো তৌবিয়ু ॥ ৫৪ ॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারতকী শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদিপর্ব্বদা
ভীষ্মসত্যবতী সংবাদ কৌবা মরিফুতবা নিপাল শুবা অধ্যায় লোইরে ॥ ০ ॥

—ঃ*ঃ—

# শ্রীমহাভারতম্

## আদিপর্ব্ব—সম্ভবে সত্যবত্যু পদেশে

### ( মরিফুতরামাপন শুবা অধ্যায় )

—ঃ(*)ঃ—

ভীষ্ম উবাচ।
পুনর্ভরতবংশস্য হেতুং সন্তানবৃদ্ধয়ে। বক্ষ্যামি নিয়তং মাতঃ! তন্মে নিগদতঃ শৃণু ॥১॥
ব্রাহ্মণো গুণবান্ কশ্চিদ্ধনেনোপনিমন্ত্র্য তাম্। বিচিত্রবীর্য্যক্ষেত্রেষু যঃ সমুৎপাদয়েৎ প্রজাঃ ॥২॥
বৈশম্পায়ন উবাচ।
ততঃ সত্যবতী ভীষ্মং বাচা সংসজ্জমানয়া। বিহসন্তীব সব্রীড়মিদং বচনমব্রবীৎ ॥৩॥

---

ভীষ্মনা হায়খি —ইমা! ভরতবংশ অসিগী মুক্তনবা অমদি শাগে চাওখৎহোনবা উপায় অমতংগা হায়রখিগে —অমুক্ত নিংথিনা তাবিখো ॥১॥ লল-থুম পীগনি জায়থনা কনাগুম্বা মগুণ লৈবা ব্রাহ্মণ অমতং কৌবিয়ু; মহাক অদুনা বিচিত্রবীর্য্যগী ভার্য্যাশিং অসিগী গর্ভদা ভরতকী সন্তান পোকহন-বিরম্মগনি ॥২॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি — অদুগী মতুংদা অচুম্বা, যুক্তিযুক্ত ওইবদা পাম্নবী সত্যবতীনা

সত্যমেতন্মহাবাহো ! যথা বদসি ভারত ! বিশ্বাসাত্তে প্রবক্ষ্যামি সন্তানায় কুলস্য নঃ ॥৪॥
ন তে শক্যমনাখ্যাতুমাপদ্ধর্মং তথাবিধম্। ত্বমেব নঃ কুলে ধর্ম্মস্ত্বং সত্যং ত্বং পরা গতিঃ ॥৫॥
তস্মান্নিশম্য সত্যং মে কুরুষ্ব যদনন্তরম্। ধর্ম্মযুক্তস্য ধর্ম্মার্থং পিতুরাসীত্তরির্মম ॥৬॥
সা কদাচিদহং তত্র গতা প্রথমযৌবনে। অথ ধর্ম্মবিদাং শ্রেষ্ঠঃ পরমর্ষিঃ পরাশরঃ ॥৭॥
আজগাম তরিং ধীমাংস্তরিষ্যন্ যমুনাং নদীম্। স তার্য্যমাণো যমুনাং মামুপেত্যাব্রবীত্তদা ॥৮॥
সান্ত্বপূর্বং মুনিশ্রেষ্ঠ কামার্ত্তো মধুরং বচঃ। উক্ত্বা জন্ম কুলং মহ্যং নাসি দাসসুতেতি চ ॥৯॥
তমহং শাপভীতা চ পিতুর্ভীতা চ ভারত। বরৈরসুলভৈরুক্তা ন প্রত্যাখ্যাতুমুৎসহে ॥১০॥
অভিভূয় স মাং বালাং তেজসা বশমানয়ৎ। তমসা লোকমাবৃত্য নৌগতামেব ভারত ॥১১॥
মৎস্যগন্ধো মহানাসীৎ পুরা মম জুগুপ্সিতঃ। তমপাস্য শুভং গন্ধমিমং প্রাদাৎ স মে মুনিঃ ॥১২॥
ততো মামাহ স মুনির্গর্ভমুৎসৃজ্য মামকম্। দ্বীপেঽস্যা এব সরিতঃ কন্যৈব ত্বং ভবিষ্যসি ॥১৩॥
পারাশর্য্যো মহাযোগী স বভূব মহানৃষিঃ। কন্যাপুত্রো মম পুরা দ্বৈপায়ন ইতি শ্রুতঃ ॥১৪॥

---

নোক্ক-নোক্ক ভীষ্মদা ব্রা অসি হায়খি ॥৩॥ ভীষ্ম ! নংনা হায়রিবদো অচুম্বনি। নংবু থোইনা থাজবনা ইমানা ব্রা অসি নভোন্দ হায়গদৌরিবনি ॥৪॥ অব্রাবা তারবা অমদি তৌগদবা মতম অসিদা থবক অসি ঐনা নভোন্দ হায়দনা লৈবা ঙমদ্রে। মরমদি ঐথোয়গী শাগৈ অসিদা নংতনা ধর্ম্ম ভাক্তুনা লৈরি, অদুগা অচুম্বা ঙাকপা অদুগা শাগৈ অসিগী ঙাকলো ওইরিবসু নহাক্তনি ॥৫॥ মরম অদুনা ঐনা হায়গদৌরিবা অচুম্বা থৌদোক অসি তারগা তৌগদনদু থন্দুনা তৌ। ধর্ম্ম ভাম্ননবগী দমক ধর্ম্ম লৈবা ইপাদুগী হি অমা লৈরম্মি ॥৬॥ ঐনা লৈশাবী-মচা ওইরিঙৈদা হিথক অদুদা ঐ নোংম ইথন্ত লৈরম্মি। মতম অহুদা ধর্ম্ম চেন্নবা, বুদ্ধি লৈরবা মহর্ষি পরাশর মুনিসু ব্রাংম লালগনি হাযদুনা হিথক অদুদা হেক কাখৎলকই; ঐসু মাবু যমুনা ব্রাংমদা লাম্থোক্কে হায়দুনা হিদু হোন্দুনা পুরম্মি; মতম অদুদা ঈয়াই য়োরকপদা মুনি অদুনা ঐগা ভিন্ননীংবগী ঙাওদুনা ঈনাক্ত চংশিল্লকতুনা, ঐগী হৌরকফম পরিচয় পুন্নমক লীদুনা "নংদি ঙা ফাবগী মচা নুপী নত্তে ইবেম্মা" অম্মম হায়দুনা মীহৌনবা ব্রাহৈনা ঐভোন্দা হন্না হন্না মাগী মপুক্কিং থুংনবা ব্রা হায়খি ॥৭—৯॥ মতম অদুদা ঐ অসি মুনিগী শাপপুম্ম কিরম্মি অদুগা ইপাবুস্ম কিরম্মি, মতম অদুদা ফংডমত্রবা বর পীগনি হায়দুনা ঐবু য়াম্না মিহৌহল্লম্মি। অদুনা মহাত্মা হায়বা ব্রা অদু ঐনা য়াদবা ঙমখিদ্রে ॥১০॥

মতম অদুদা মহাত্মা অমম্বনা জগৎ কুপতুনা, হিথক অদুদা ঐবু মাগী মখা পোল্লহনখি ॥১১॥ অহানবদা ঐগী হকচাং অসি তুক্কচবা ফংনা ঙাহিং নম্নমই; অদুবু মুনি অদুনা ঐগী নমখিরবা মনম অদু কোকহন্দুনা য়াম্না মনম নুংশিহল্লমই ॥১২॥ ভহোক লৈরগা মানা ঐভোন্দা হায়খি — নংনা তুরেন অসিগী দ্বীপ অসিদা ঐনা পিরবা গর্ভ অসি পোক্কমলে হায়রগা নং অমুক হন্না কন্যাগীংদা চনগনি ॥১৩॥ কন্যাগী অবস্থাদা পরাশর মুনিগী ঔরসদগী পোকখিবা ঐগী ইচাপো, দ্বীপদা পোকখিবা মরমনা, দ্বৈপায়ন হায়না কাউখি, মতুংদা মহাযোগী অমদি মহর্ষি ওইখি ॥১৪॥

মহিমা মগুণ লৈরবা দ্বৈপায়ন ঋষি অদুনা ভ্রাতা অমদি [illegible] পাঠৈদ্র [illegible]

যো ব্যস্য বেদাংশ্চতুরস্তপসা ভগবানৃষিঃ। লোকে ব্যাসত্বমাপেদে কার্ষ্ণ্যাৎ কৃষ্ণত্বমেব চ ॥১৫॥
সত্যবাদী শমপরস্তপসা দগ্ধকিল্বিষঃ। সমুৎপন্নঃ স তু মহান্ সহ পিত্রা ততো গতঃ ॥১৬॥
স নিযুক্তো ময়া ব্যক্তং ত্বয়া চাপ্রতিমদ্যুতিঃ। ভ্রাতুঃ ক্ষেত্রেষু কল্যাণমপত্যং জনয়িষ্যতি ॥১৭॥
স হি মামুক্তবাংস্তত্র স্মরেঃ কৃত্যেষু মামিতি। তং স্মরিষ্যে মহাবাহো! যদি ভীষ্ম! ত্বমিচ্ছসি ॥১৮॥
তব হ্যনুমতে ভীষ্ম! নিয়তং স মহাতপাঃ। বিচিত্রবীর্য্যক্ষেত্রেষু পুত্রানুৎপাদয়িষ্যতি ॥১৯॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

মহর্ষেঃ কীর্ত্তনে তস্য ভীষ্মঃ প্রাঞ্জলিরব্রবীৎ। ধর্ম্মমর্থঞ্চ কামঞ্চ ত্রীনেতান্ যোঽনুপশ্যতি ॥২০॥
অর্থমর্থানুবন্ধঞ্চ ধর্ম্মং ধর্ম্মানুবন্ধনম্। কামং কামানুবন্ধঞ্চ বিপরীতান্ পৃথক্ পৃথক্।
যো বিচিন্ত্য ধিয়া ধীরো ব্যবস্যতি স বুদ্ধিমান্ ॥২১॥
তদিদং ধর্ম্মসংযুক্তং হিতঞ্চৈব কুলস্য নঃ। উক্তং ভবত্যা যচ্ছ্রেয়স্তন্মহ্যং রোচতে ভৃশম্ ॥২২॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

ততস্তস্মিন্ প্রতিজ্ঞাতে ভীষ্মেণ কুরুনন্দন! কৃষ্ণদ্বৈপায়নং কালী চিন্তয়ামাস বৈ মুনিম্ ॥২৩॥
স বেদান্ বিব্রুবন্ ধীমান্ মাতুর্বিজ্ঞায় চিন্তিতম্। প্রাদুর্ব্বভূবাবিদিতঃ ক্ষণেন কুরুনন্দন। ॥২৪॥

---

ওইবা বেদবু শরুক মরি থোক্না থায়রুনা জগতা ব্যাস হায়বা মিংথোন অসি ফংখি; কুচু মুই হায়রুনা কৃষ্ণ হায়বা নমিং অসিসু কৌনখি ॥১৫॥ অচুম্বা ভাংবা শান্তি পাম্বা, অহুম ওইবা মুনি অমুনা তপস্যাগী শক্তিনা পুকচেল চাউরবা পাপ চেন্দ্রবা ওইনা ঐগী গর্ভদা পোক্রগা মপা পরাশরগা লোয়রননা মকম অদুদগী চৎখি ॥১৬॥ ঐগা নংগা ঐখোয় অনিনবু হায়জরবদি থ্বাইগী মানন্দ্রবা তেজনা মহাক্কী ওইবা ব্যাসদো মনাও মপীশিং অসিগী গর্ভদা শোয়দনা মচা পোকহলবিরগনি ॥১৭॥ মানা চৎলম্‌-দাইদা ঐভোন্দা "হেক হেক কাম্নগদবা মতমদা ঐবু নিংশিংবিরকউ" অসুমনা হায়রমই। অদুনা ভীষ্ম নংনবু অহু পাম্লবদি বেদব্যাসবু হেক্কা নিংশিংঙু, মরাইনা লাকচগনি ॥১৮॥ ভীষ্ম! নংনবু য়াম্লবদি শোয়দনা তপস্বী বেদব্যাসনা বিচিত্রবীর্য্যগী ভার্য্যাশিং অসিগী গর্ভদা মচা পোকপিরগনি ॥১৯॥

বৈশম্পায়ননা হায়খি — মহর্ষি অদুগী মমিং হেক পাল্লকপদা ভীষ্মনা মখুৎ লোয়রুনা মমাদা হায়খি — অদুগুম্বা মী মহাক অদুনা করিগুম্বা থবক অমা তৌগদবগী মমাংদা, অহানবদা তৌগদৌ-রিবা থবক অদ, ধর্ম্মগীয়া, অর্থগীয়া নত্রগা কামগীয়া অসুম হায়না মুম্না য়াথল তৌরিবা, অদুগা অদুগুম্বা মী অদুনা ভাল্লিবা অর্থ অমদি অর্থ অদুগী মহৈ, ধর্ম্ম অমদি ধর্ম্ম অদুগী মহৈ অমদি কাম অদুগা কাম অদুগী মহৈ অদুগা অমুকসু মখোয়শিং অসিগী ওমা তৈননা শিজিন্নরবদা করি করি শাথিনা অমাংবা ওইবা অসিমচিংবসু তোংডান তোংডানা খল্লগা থবক্কা মথুৎ থিংজিন্নিবা মী মহাক অদো অচুম্বনা সংসারদা অসিংবা হায়বদু ওই ॥২০—২১॥ মরম অদুনা ইমা! ইমানা ঐখোয়গী বংশ অসিগী কামবা, অদুনা ওইননবা অদুগা যুক্তি-যুক্ত ওইনা তাকপিরিবদো ঐহু য়াজরে ॥২২॥

বৈশম্পায়ননা হায়খি — মহারাজ! ভীষ্মনা অসুম্না য়াজবদা সত্যবতীনা ব্যাসবু ধ্যান তৌখি ॥২৩॥

মহারাজ! ইমা সত্যবতীনা ঐবু কৌরে হায়বসি খংলাদুনা শিং-হৈরবা বেদব্যাসনা বেদ পাঠ তৌরি তৌরদুনা থবাইনা উহন খংহন্দনা মকম অদুদা মিকুপ অমাগী মনুংদা থুংখি ॥২৪॥ অদুগী মতুংদা

তস্মৈ পূজাং ততঃ কৃত্বা সুতায় বিধিপূর্ব্বকম্। পরিষজ্য চ বাহুভ্যাং প্রস্রবৈরভিষিচ্য চ।
মুমোচ বাষ্পং দাসেয়ী পুত্রং দৃষ্ট্বা চিরস্য তম্ ॥২৫॥
তামদ্ভিঃ পরিষিচ্যার্ত্তাং মহর্ষিরভিবাদ্য চ। মাতরং পূর্ব্বজঃ পুত্রো ব্যাসো বচনমব্রবীৎ ॥২৬॥
ভবত্যা যদভিপ্রেতং তদহং কর্ত্তুমাগতঃ। শাধি মাং ধর্ম্মতত্ত্বজ্ঞে! করবাণি প্রিয়ং তব ॥২৭॥
তস্মৈ পূজাং তদাহকার্ষীৎ পুরোধাঃ পরমর্ষয়ে। স চ তাং প্রতিজগ্রাহ বিধিবন্মন্ত্রপূর্ব্বকম্ ॥২৮॥
তমাসনগতং মাতা পৃষ্ট্বা কুশলমব্যয়ম্। সত্যবত্যভিবীক্ষ্যৈনমুবাচেদমনন্তরম্ ॥২৯॥
মাতাপিত্রোঃ প্রজায়ন্তে পুত্রাঃ সাধারণাঃ কবে! তেষাং যথা পিতা স্বামী তথা মাতা ন সংশয়ঃ ॥৩০॥
বিধানবিহিতঃ স ত্বং যথা মে প্রথমঃ সুতঃ। বিচিত্রবীর্য্যো ব্রহ্মর্ষে! তথা মেহবরজঃ সুতঃ ॥৩১॥
যথা বৈ পিতৃতো ভীষ্মস্তথা ত্বমপি মাতৃতঃ। ভ্রাতা বিচিত্রবীর্য্যস্য যথা বা পুত্র! মন্যসে ॥৩২॥
অয়ং শান্তনবঃ সত্যং পালয়ন্ সত্যবিক্রমঃ। বুদ্ধিং ন কুরুতেহপত্যে তথা রাজ্যানুশাসনে ॥৩৩॥
স ত্বং ব্যপেক্ষয়া ভ্রাতুঃ সন্তানায় কুলস্য নঃ। ভীষ্মস্য চাস্য বচনান্নিয়োগাচ্চ মমানঘ! ॥৩৪॥

সত্যবতীনা মতম যাম্না কুইববগী মতুংদা পোকখিবা মুমিত্তগী উখিত্রবা মচাবু উবদা হবাও হরাও তরাম তরাম্না লুনা তৌদুনা মচাবু স্বাগত তৌই, পান্থোম অনি তিংথোক্তুনা মচাবু কোপ্লি, অদুগা খুদক্তা অমুত নংথরক্তুনা ব্যাসগী হকচাং পুমচোৎ চোৎহন্দুনা মুংঙাইবগী শিন্থরকপা পিনা ব্যাসগী কোক অদু পুমচোৎ চোৎখি ॥২৫॥ ইহান হান্না পোকখিবা মচা মহর্ষি বেদ ব্যাসনস্থ মাগী কমণ্ডলুদা য়াওরিবা ঈশিং অদুনা মমা সত্যবতীবু থিক্তুনা অদুগী তুংদা খুকমদুনা মমাদা হায়খি ॥ ২৬ ॥ ধর্ম্মগী তত্ত্ববু মুন্না খংলবী ইমা। ইমানা পাম্বা অদুদা তৌজগে হায়দুনা লাক্লিবনি। হুজিক্কি য়াথং পিবিরো ইমানা পাম্বা করি থবক তৌজরম্মু হায়বগে।২৭॥ অদুগী মতুংদা রাজপুরোহিতশিংময়াম্না বিধি কায়দনা মন্ত্র পাঠ তৌহনা মহর্ষি বেদ ব্যাসগী পূজা তৌখি; মহর্ষিস্থু পূজা অদু তরাম তরামনা লৌখি ॥২৮॥

বেদ ব্যাসনা আসনদা নিংথিনা ফমথ্রে, হায়বা অসি উবদুনা মমা সত্যবতীনা মচাগী লেংদবা মঙ্গলবু পাউমেন্নরগা মহর্ষিরোমদা য়েংদুনা ঙ্গ অসি হায়খি।২৯॥ কবি! মচা হায়হনা পোক্লরিবা ময়াম অসি মপা মমাগী মথা পোন্দুনা হায়বদি মপা মমানা মপু ওইদুনা পোকপা মক্তনি। মরম অহনা মচাগী মকমদা মপানা ঝারক ঝাতেম্বা স্বামী অমা ওইবা অহগুম্না মমাস্থ মচাগী মকমদা মবেম্মানি; হায়রিবা বিষয় অসিদা করিমতা চিংনফম লৈতে ॥ ৩০ ॥ হে ব্রহ্মর্ষি! মহর্ষি পরাশরনা শাস্ত্রগী বিধি কায়দন নংবু ইমাগী গর্ভদা পোকখিবনিদো; অদুনা নহাক অসে ঐগী ইচা নিপা অহনি, বিচিত্রবীর্য্য হায়বদো মনাও নিপা অতোনবা, ঐগী ইতোন তোনবা ইচা ওইখিবনি ॥ ৩১ ॥ মপা ভিন্নবনা ভীষ্মনা বিচিত্রবীর্য্যগী ময়াম্বা ওইবা অদুগুম মমা ভিন্নবনা নংস্থ বিচিত্রবীর্য্যগী ময়াম্বনি; অহনা ইবুংগো নংনা খাল্ল অন্দুনা তৌ ॥ ৩২ ॥ অসিগী মবক্তা খাঙ্গৈশেংবা মপাজল কল্লবা শান্তনুনা পোক্লকপা ভীষ্মনা কুম্পুরুখিহনা হৌজিক ফাওবা মুমপানবগী ঝাখল থাদোক্তুনা লৈপ্রে, মিংহৌ ওইদুনা চৈনাক ঝাকান হায়বগী ঝাখলস্থ লৈখিদ্রে ॥ ৩৩ ॥ মরম অদুনা প্রেম্মাশিং অনিবু মুংশিরকপগী অতৈ অত্তোয়া

অনুক্রোশাচ্চ ভূতানাং সর্বেষাং রক্ষণায় চ। আনৃশংস্যাচ্চ যদ্ব্রুয়াং তচ্ছ্রুত্বা কর্ত্তুমর্হসি ॥৩৫॥
যবীয়সস্তব ভ্রাতুর্ভার্য্যে সুরসুতোপমে। রূপযৌবনসম্পন্নে পুত্রকামে চ ধর্ম্মতঃ ॥৩৬॥
তয়োরুৎপাদয়াপত্যং সমর্থো হ্যসি পুত্রক! অনুরূপং কুলস্যাস্য সন্তত্যাঃ প্রসবস্য চ ॥৩৭॥

ব্যাস উবাচ।

বেত্থ ধর্ম্মং সত্যবতি! পরঞ্চাপরমেব চ। তথা তব মহাপ্রাজ্ঞে! ধর্ম্মে প্রণিহিতা মতিঃ ॥৩৮॥
তস্মাদহং ত্বন্নিয়োগাদ্ধর্ম্মমুদ্দিশ্য কারণম্। ঈপ্সিতং তে করিষ্যামি দৃষ্টং হ্যেতৎ সনাতনম্ ॥৩৯॥
ভ্রাতুঃ পুত্রান্ প্রদাস্যামি মিত্রাবরুণয়োঃ সমান্। ব্রতং চরেতাং তে দেব্যৌ নির্দ্দিষ্টমিহ যন্ময়া ॥৪০॥
সংবৎসরং যথান্যায়ং ততঃ শুদ্ধে ভবিষ্যতঃ। ন হি মামব্রতোপেতা উপেয়াৎ কাচিদঙ্গনা ॥৪১॥

সত্যবত্যুবাচ।

সদ্যো যথা প্রপদ্যেতে দেব্যৌ গর্ভং তথা কুরু। অরাজকেষু রাষ্ট্রেষু নাস্তি বৃষ্টির্ন দেবতা ॥৪২॥
কথং বাহরাজকং রাষ্ট্রং শক্যং ধারয়িতুং প্রভো! তস্মাদ্গর্ভং সমাধৎস্ব ভীষ্মঃ সংবর্দ্ধয়িষ্যতি ॥৪৩॥

---

শিংবু ঙাক্লনবগী দমক অদগা ইমো অদুন অসিবু মুংশকৎনা এনা নংঙোন্দা হায়ৎদৌ।ঋবসে মুন্না তাও অদুগী মতুংদা ননাও বিচিত্রবীর্য্যগী মঙ্গলগী দমক অদুগা মাগী বংশ মুৎথনবগী দমক ভগ্মনা হায়জ বিবা অমদি নমা ঐগী যাথং ঙাক্লুনা হায়দৌ রবা থৎক অসি নং তৌ। ৩৪—৩৫॥ ইবুংঙো! ননাও মুপী অনি অসে দেবতাগা মচা মুপীগা মতৌ শুম মশক মতৌ যজরবী অমদি মথোং কায়কপদা ঙায়রিবানি, অদুগা মখোয অসে ধর্ম্ম কাযদন মচাবু ফংনিংঙি।৩৬॥ ইবুংঙো! নহাক্না সুধর্ম্ম অসি কাযদনা মচা পোক্লবা শক্তি অদো নংঙোন্দা লৈরিবনি, মরম অসিনা শম্না হাযরবদা ননাওগা ভার্য্যা শিং অসিগী গর্ভদা বংশ অসিগী, নংগুম্বাগী নচা ওইবগী অমদি বিচিত্রবীর্য্যগা মচা ওইবদা মাতক চপ চাবা মচা অমমমদং পোকপিরম্মু।৩৭॥ বেদব্যাসনা হায়খ— সত্যবতী কৌম্বা ইমা! ইহলোক পরলোক অনিগী ধর্ম্মবু থংবিরিবী ইমানি অদুগা ইমাগী বুদ্ধিসু মতম লৈবা খিবক্তা ধর্ম্ম কাযদবদা লম্বীদা চংশিন্দুনা ঙাক লৈবি।৩৮॥ মরম অদুনা ইমাগী যাথং মতুং ইন্না ধর্ম্ম ঙাক্লনবদা দমক্তা ইমাগী পুক্নিং থুংহল্লগে। মরমদি অসিগুম্বা থৌদোক অসি থাইনা মমাংঙৈদগীসু চৎলরকপা ওইনা উরি॥৩৯॥ ঐনা ইনাও বিচিত্রবীর্য্যগী দমক্তা মিত্র-অমদি বরুণ দেবতা অনিগী মতৌগুম্বা ইচা অনি পোক্লমগে। অদুনা ঐনা হায়রিবা নিয়ম অসিগী মতুংইন্না ইনাও মুপী রাণী অনি অসে চহি অমা চুপনা ব্রত উপাসনা তৌহনা কৈহনবিযো; অদুগী মতুংদা মখোয় অনিমককী হবচাং অসি মসুং মপাল লোয়না শেংগনি। ব্রত অসি তৌদ্রবদি ঐনা কনাগুম্বী অমগী মফমদা চংঙ্বা অদুগা কনাগুম্বী অমনা ঐঙোন্দা থক চংঙকপসু য়ারোই॥ ৪০—৪১॥ সত্যবতীনা হায়খি — ইবুংঙো! রাণী অনি অসে থুদক্তা খুনা নংগী গর্ভ পুবা হৌনবা শীল্লু। মরমদি নিংথৌ পান্দবা লৈবাক্তা নোং চুদে, দেবতা অমত্তনসু পেন্দে ॥৪২॥ দ্বৈপায়ন! ঐথোয়নবু করমনা নিংথৌ পান্দবা লৈবাকপু ঙাকপা ঙমগদগে। মরম অদুনা নংনা থুনা হায়না রাণী অনি অসিগী গর্ভ পীবিরম্মু; পোক্লকপা মচা অদুবু ভীষ্মনা মরাইনা য়েংবচঙোগনি ॥৪৩॥ বেদ ব্যাসনা হায়খি— ইমা! মতম চাদনা

ব্যাস উবাচ।

যদি পুত্রঃ প্রদাতব্যো ময়া ক্ষিপ্রমকালিকং। বিরূপতাং মে সহতাং তয়োরেতৎ পরং ব্রতম্ ॥৪৪॥

যদি মে সহতে গন্ধং রূপং বেশং তথা বপুঃ। অদ্যৈব গর্ভং কৌশল্যা বিশিষ্টং প্রতিপদ্যতাম্ ॥৪৫॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

এবমুক্ত্বা মহাতেজা ব্যাসঃ সত্যবতীং তদা। সমাগমনমাকাঙ্ক্ষন্নিতি সোঽন্তর্হিতো মুনিঃ ॥৪৬॥

ততোঽভিগম্য সা দেবী স্নুষাং রহসি সঙ্গতাম্। ধর্ম্ম্যমর্থসমাযুক্তমুবাচ বচনং হিতম্ ॥৪৭॥

কৌশল্যে! ধর্ম্মতন্ত্রাদ যদব্রবীমি নিবোধ তৎ। ভরতানাং সমুচ্ছেদো ব্যক্তং মদ্ভাগ্যসংক্ষয়াৎ ॥৪৮॥

ব্যথিতাং মাঞ্চ সম্প্রেক্ষ্য পিতৃবংশঞ্চ পীড়িতম্। ভীষ্মো বুদ্ধিমদান্মহ্যং কুলস্যাস্য বিবৃদ্ধয়ে ॥৪৯॥

সা চ বুদ্ধিস্ত্বদধীনা পুত্রি! প্রাপয় মাং তথা। নষ্টঞ্চ ভারতং বংশং পুনরেব সমুদ্ধর ॥৫০॥

পুত্রং জনয় সুশ্রোণি! দেবরাজসমপ্রভম্। স হি রাজ্যধুরং গুর্ব্বীমুদ্বক্ষ্যতি কুলস্য নঃ ॥৫১॥

সা ধর্ম্মতোঽনুনায়ৈনাং কথঞ্চিদ্ধর্ম্মচারিণীম্। ভোজয়ামাস বিপ্রাংশ্চ দেবর্ষীনতিথীংস্তথা ॥৫২॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি

সম্ভবে সত্যবত্যা পদেশে নবনবতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

——:(*):——

থুনা রাংনা মচা পোকপা তাববদি মখোয় অনি অসিনা ঐগী ওনগদৌরিবা ইশক অসি য়েংহনা থাংবা ভন্বা অসিগুনি মখোয়না তৌগদৌরিবা ব্রত উপাসনা হায়রবু ॥৪৪॥ অম্বিকাদেবীনা করিগুম্ব ঐগী হকচাংগী মনম, ইশক, ফিজেৎ অমদি অকিবা ফংবা হকচাং অসিবু থোইনা থল্লুদনা থাংহনা লৈবা তারবদি ঙসিমক ফরবা গর্ভ অমা পুন্নহৌগনি ॥৪৫॥ বৈশম্পায়ননা হায়খি— তেজ লৈরবা বেদব্যাসনা সত্যবতীদা অসুমনা হায়রমলগা রাণী অনি অহংগা উনরুগে হন্দুনা মকম অদুদগী থুনা মাংখি ॥৪৬॥ অহগী মতুংদা সত্যবতীনা অচিকপদা মমৌ অনি অহগী মনাক্তা চংখিহনা রাসি হায়রক্তই ॥৪৭॥ অম্বিকা! ঙসি ঐ নংগী নফমদা ধর্ম্ম কায়দবা রাফম অমতং হায়গে তাও। ঐগী লাইবক থিবনা ইহাক থক্তগী ভরত বংশ অসি থমগদৌরেদো ॥৪৮॥ ভীষ্মনা ঐবু অমদি অপাগী বংশগী শাগেশিংনা য়াবসি উবদা ভরত বংশ অসি মুত্তনবা অমদি তুংদা চাওখংহৌনবা মতিক চারবা বুদ্ধি অমতং ঐঙোন্দা পীরি ॥৪৯॥ ইবেম্মা! হায়রিবা উপায় অদুদি নংগোন্দা লৈয়ে, অদুনা ঐনা নিংবাসে থুংহল্লু, মুৎকদৌরবা চাউরবা ভরত কৌবা বংশসে উদ্ধার অমুক্কা তৌরম্মু ॥৫০॥ শকহেনবী! ইন্দ্রগা মান্নবা কল্লবা নচা পোকউ; নচা অদুতন ঐখোয়গী বংশ অসিবু অমদি চাওরবা নবৈবাক অসে পুহোগদৌবনি ॥৫১॥ সত্যবতীনা ব্রহ্মচারিণী ওইরিবী অম্বিকাবু ধর্ম্মগী লম্বী উত্তুনা য়ামনা অথোৎপা য়াহৈনা থেমহনা অমদি য়াহন্দুনা দেবতা, মুনি, ব্রাহ্মণ অমদি অতিথিশিংবু উৎসব তৌহনা পিজখি ॥৫২॥

মচাং অসিদা শ্রীমহাভারতগী শ্লোক লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা আদিপর্ব্বদা সম্ভবগী সত্যবতী পদেশে কৌবা মখিবুক্ষরামাপন ওবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

——(*)——

# শ্রীমহাভারতম্

## আদি পর্ব— সম্ভবে·বিচিত্রবীর্য্যসুতোৎপত্তির্নাম

(চামা শুখা অধ্যায়)

——:(*):——

বৈশম্পায়ন উবাচ ।

ততঃ সত্যবতী কালে বধূং স্নাতামৃতৌ তদা । সংবেশয়ন্তী শয়নে শনৈর্বচনমব্রবীৎ ॥ ১ ॥
কৌশল্য ! দেববন্তেঽস্তি সোঽস্য ত্বামনুবেক্ষ্যতি । অপ্রমত্তা প্রতীক্ষৈনং নিশীথে হ্যাগমিষ্যতি ॥২ ॥
শ্বশ্রাস্তদ্বচনং শ্রুত্বা শয়ানা শয়নে শুভে । সাঽচিন্তয়ত্তদা ভীষ্মমন্যাংশ্চ কুরুপুঙ্গবান্ ॥৩॥
ততোঽম্বিকায়াং প্রথমং নিযুক্তঃ সত্যবাগৃষিঃ । দীপ্যমানেষু দীপেষু শয়নং প্রবিবেশ হ ॥৪॥
তস্য কৃষ্ণস্য কপিলাং জটাং দীপ্তে চ লোচনে । বভ্রূণি চৈব শ্মশ্রূণি দৃষ্ট্বা দেবী ন্যমীলয়ৎ ॥৫॥
সংবভূব তয়া সার্দ্ধং মাতুঃ প্রিয়চিকীর্ষয়া । ভয়াৎ কাশীসুতা তন্তু নাশক্নোদভিবীক্ষিতুম্ ॥৬॥
ততো নিষ্ক্রান্তমাগম্য মাতা পুত্রমুবাচ হ । অপ্যস্যাং গুণবান্ পুত্র ! রাজপুত্রো ভবিষ্যতি ! ॥৭॥
নিশম্য তদ্বচো মাতুর্ব্যাসঃ সত্যবতীসুতঃ । প্রোবাচাতীন্দ্রিয়জ্ঞানো বিধিনা সম্প্রচোদিতঃ ॥৮॥
নাগাযুতসমপ্রাণো বিদ্বান্ রাজর্ষিসত্তমঃ । মহাভাগো মহাবীর্য্যো মহাবুদ্ধির্ভবিষ্যতি ॥৯॥
অস্য চাপি শতং পুত্রা ভবিষ্যন্তি মহাত্মনঃ । কিন্তু মাতুঃ স বৈগুণ্যাদন্ধ এব ভবিষ্যতি ॥১০॥

---

বৈশম্পাযননা হাযখি— অদুগা মতুংদা সত্যবতীনা মতম চানা ঋতু স্নান তৌখ্রবী মমো মুপী অম্বিকাবু তুমফম কাদা পুশিনখিদুনা অথোৎপা ৱাহৈনা তপ্না হায়খি— ॥ ১ ॥ অম্বিকা ! নংগী নপুরোইবগা পোকমিন্নবা অমা ওসি অসিদা নংগী নফমদা চংলক্কনি অদুনা মাবু ওায়দুনা লৈয়ু ; অহিংগী য়ুথক অনি যৈবা মতমদা মহাক থুংলগনি ॥২॥ অম্বিকানা মনেম্বোককী ৱাহ তান্নগা নিংথিজরবা ফমুং অদুদা হিপথখিদুনা মতৈ ভীষ্মবু অমদি মতৈ মকু থৌকপা কুরুবংশগী অথোই-অথোইবা নিপাশিং অদুবু খন্দুনা লৈখি ।৩॥ অদুগী মতুংদা অম্বিকাবু তমদুনা অহানবদা শিন্নখিবা অচুম্বা ওাংলবা বেদব্যাসনা য়ুম অদুদা চংলকলে ; য়ুম অদু থাওমৈনা ইঙাল ওাল্লমই ॥৪ ॥ মশক মুয়বা ব্যাসগী ৱাত্তরবা কোরীমচু মাল্লবাজটা, লাওরবা, লংলবা মমিৎ অনি, শেংলবা পীশুম-মকোই উবদা অম্বিকা অদু মমিৎ চেৎ চেৎ উইশিনখি ॥৫॥ সত্যবতীগী নিংবা অদুতা থুংননবা অম্বিকাগা শয্যা মথক অদুদা উনখি ; অম্বিকানা কিবনা বেদব্যাসকী মমাইয়োমদা অমুক্তম্ হকংনা য়েংবা ঙমখিদে ॥৬॥ অদুগী মতুংদা বেদব্যাসনা মপান্দা থোরকলবদা মমা সত্যবতীনা মপান্দা হংলমই— ইবুংঙো ! মাগী গর্ভদা নগুণ চেন্নবা রাজকুমার অমা পোক্লগনিদনকো ? ॥৭॥ ভুৎ ভবিষ্যৎ-বর্ত্তমাণ উরবা বেদব্যাসনা মমা সত্যবতীগী ৱা অদুতাবদা মচিন্দা লাইতোংদুনা হায়রোকখি ॥৮॥ ইমা ! অঙাং অসি শাম্মু লিশিংতরাগী পাঙ্গল কলবা; মহাজ্ঞানী ওইবা, রাজর্ষিশিংগী মদুংদা অথোইবা, থোইদোক্লা মরাইবক করবা, [illegible] থৌবরা অমদি মবুদ্ধি লৈরবা নিপা অমা ওইগনি ॥৯॥ মহাত্মা অসিগী মচা চামা পোকক্কনি। [illegible] ইমা ! অঙাং অসে মমাগী দোষনা পোকপায়নী মমিৎ

তস্য তদ্বচনং শ্রুত্বা মাতা পুত্রমথাব্রবীৎ। নান্ধঃ কুরূণাং নৃপতিরনুরূপস্তপোধন! ॥১১॥
জ্ঞাতিবংশস্য গোপ্তারং পিতৄণাং বংশবর্দ্ধনম্। দ্বিতীয়ং কুরুবংশস্য রাজানং দাতুমর্হসি ॥১২॥
স তথেতি প্রতিজ্ঞায় নিশ্চক্রাম মহাযশাঃ। সাপি কালেন কৌশল্যা সুষুবেহন্ধং তমাত্মজম্ ॥১৩॥
পুনরেব তু সা দেবী পরিভাষ্য স্নুষাং ততঃ। ঋষিমাবাহয়ৎ সত্যা যথাপূর্বমরিন্দম! ॥১৪॥
ততস্তেনৈব বিধিনা মহর্ষিস্তামপদ্যত। অম্বালিকাপি তং দৃষ্ট্বা দীপ্তশ্মশ্রুজটেক্ষণম্ ॥১৫॥
বিবর্ণা পাণ্ডুসঙ্কাশা সমপদ্যত ভারত! তাং ভীতাং পাণ্ডুসঙ্কাশাং বিবর্ণাং প্রেক্ষ্য ভারত! ॥১৬॥
ব্যাসঃ সত্যবতীপুত্র ইদং বচনমব্রবীৎ। যস্মাৎ পাণ্ডুত্বমাপন্না বিরূপং প্রেক্ষ্য মামসি ॥১৭॥
তস্মাদেষ সুতস্তে বৈ পাণ্ডুরেব ভবিষ্যতি। নাম চাস্যৈতদেবেহ ভবিষ্যতি শুভাননে! ॥১৮॥
ইত্যুক্ত্বা স নিরিক্রামৎ সত বাগৃষিসত্তমঃ। ততো নিষ্ক্রান্তমালক্ষ্য সত্যা পুত্রমথাব্রবীৎ ॥১৯॥
কুমারো ব্রূহি মে পুত্র! অপ্যত্র ভবিতা শুভঃ। শশংস স পুনর্মাত্রে তস্য বালস্য পাণ্ডুতাম ॥২০॥
ভবিষ্যতি সুবিক্রান্তঃ কুমারো দিক্ষু বিশ্রুতঃ। পাণ্ডুত্বং বর্ণতস্তস্য মাতৃদোষাদ্ভবিষ্যতি ॥২১॥
তস্য পুত্রা মহেষ্বাসা ভবিষ্যন্তীহ পঞ্চ বৈ। ইত্যুক্ত্বা মাতরং তত্র সোঽভিবাদ্য জগাম চ ॥২২॥

---

তাংগনি ॥১০॥ বেদব্যাসগী ৱা তাবদা মমা সত্যবতীনা মচানিপা বেদব্যাসদা হাযখি— তপস্যা কল্লবা। মমিৎ তাংবা মীনা কুরুবংশ অসিগী মতিকচাবা নিংথৌদি ওইররোই ॥১১॥ মরম অদুনা ভরত বংশ অসিগা ভাগ্নবা অমদি মপারোমগী বংশগী চাউখৎনবা কুরুবংশগী নিংথৌ অমগা অমুক্তা পোক্লমখো ॥১২॥ যরে ইমা অস্পম হাযদ্রনা মিংচৎ চাউববা বেদব্যাস অসি চৎথোকখ্রে। অসোমদা অম্বিকা দেবীস্মু মতম চানা মমিৎ উদবা মচা নিপা অমা পোকখি ॥১৩॥ অহৌগী মতুংদা সত্যবতী দেবীনা মমৌ শুপী অম্বালিকাবুস্মু হান্নগী মতৌগুমনা যাহন্দুনা ব্যাসবু কৌখি ॥১৪॥ অদুগী মতুংদা বিধি কান্নদনা মহর্ষি ব্যাসনা অকিবা ফংলবা শকফম অহুনা অম্বালিকাগা কোন্নখি; অম্বালিকাস্মু মহাককী উহি মচু মাল্লবা মকোই মরাং, জটা অমদি লাংওববা মমিৎ অনি অহু উবদা মশাহু কিবনা পাণ্ডুবর্ণ হায়বদি তাইফেৎ তাইখি। মতম অদুদা বেদব্যাসনা কিদুনা তাইফেৎ তাইরবী অম্বালিকাবু য়েংদুনা হাযখি— নিংথিজবী ঐগী থিববা ইশক অসি উবদা কিবনা বুচু অহু তাইফেৎ তাইরি, অদুনা নংনা পোকক দৌরিনা নচা অসিস্মু তাইফেৎ তাইগনি অদুগা মমিংস্মু পাণ্ডুকৌগনি ॥১৫—১৮॥ অচুম্বদা ভাংলবা বেদব্যাসনা ইমুংদগী মপান্দা থোকখি। অদুগী মতুংদা বেদব্যাসনা থোরক্রে হাযবদু উবদুনা সত্যবতীনা হায়খি ॥১৯॥

ইবুংঙো! হাযযু— হায়যু, গর্ভ অসিদা অফবা লক্ষণ পুন্নমল্লা তিল্লবা মচা অমা থম্বীরমলে-প্লনকো? ৱাহু তাবদা বেদব্যাসনা অঙাং অহৌগী ওইরকদৌবা কুচু কুমেন অমদি অহৌগী মরম পুন্নমক সত্যবতীদা তমখি ॥২০॥ অদুগা অমুকস্মু হায়খি — অঙাং অসে মথৌনা মপাঙ্গল্দা মরোল অহুম ফাউগনি; অদুবু মমাগী দোষনা কুচুদি তাইফেৎ তাইবা তারে ॥২১॥ অঙাং অসিগী অমুক কাল্লা মহারাথী মচা মঙা পোকহৌগনি। বেদব্যাসনা মমাদা অথুম হায়রগা চৎলগে হায়রনা মথোং

তং মাতা পুনরেবান্যমেকং পুত্রমযাচত। তথেতি চ মহর্ষিস্তাং মাতরং প্রত্যভাষত ॥২৩॥
ততঃ কুমারং সা দেবী প্রাপ্তকালমজীজনৎ। পাণ্ডুং লক্ষণসম্পন্নং দীপ্যমানমিব শ্রিয়া ॥২৪॥
যস্য পুত্রা মহেষ্বাসা জজ্ঞিরে পঞ্চ পাণ্ডবাঃ। ঋতুকালে ততো জ্যেষ্ঠাং বধূং তস্মৈ ন্যযোজয়ৎ ॥২৫॥
সা তু রূপঞ্চ গন্ধঞ্চ মহর্ষেঃ প্রতিচিন্ত্য তম্। নাকরোদ্বচনং দেব্যা ভয়াৎ সুরসুতোপমা ॥২৬॥
ততঃ স্বৈর্ভূষণৈর্দাসীং ভূষয়িত্বাপ্সরোপমাম্। প্রেষয়ামাস কৃষ্ণায় ততঃ কাশীপতেঃ সুতা ॥২৭॥
সা তমৃষিমনুপ্রাপ্তং প্রত্যুদ্গম্যাভিবাদ্য চ। সংবিবেশাভ্যনুজ্ঞাতা সৎকৃত্যোপচচার হ ॥২৮॥
বাগ্ভাবোপপ্রদানেন গাত্রসংস্পর্শনেন চ। কামোপভোগেন রহস্তস্যাং তুষ্টিমগাদৃষিঃ ॥২৯॥
তয়া সহোষিতো রাজন্! মহর্ষিঃ প্রীয়মাণয়া। উত্তিষ্ঠন্নব্রবীচ্চৈনামভুজিষ্যা ভবিষ্যসি ॥৩০॥
অয়ঞ্চ তে শুভে! গর্ভঃ শ্রেয়ানুদরমাগতঃ। ধর্মাত্মা ভবিতা লোকে সর্ববুদ্ধিমতাং বরঃ ॥৩১॥
স জজ্ঞে বিদুরো নাম কৃষ্ণদ্বৈপায়নাত্মজঃ। ধৃতরাষ্ট্রস্য বৈ ভ্রাতা পাণ্ডোশ্চৈব মহাত্মনঃ ॥৩২॥
ধর্মো বিদুররূপেণ শাপাত্তস্য মহাত্মনঃ। মাণ্ডব্যস্যার্থতত্ত্বজ্ঞঃ কামক্রোধবিবর্জিতঃ ॥৩৩॥

---

থাংদোবকই ॥২২॥ মতম অদুদা মমা সত্যবতী তমুক বেদব্যাসদা মচা অমগা পিরমখো হায়খি; বেদব্যাসনু চৎন-চৎনা মমাদা হায়রমই "ফবে ইমা অদুমক ওইবসনু ॥২৩॥ অদুগী মতুংদা অম্বালিকা দেবীনা মতম চানা বুচুনা পাণ্ডু বর্ণ ওইবা, নিংথৌগী লক্ষণ অমদি খুদম পুম্নমক্কা তিল্লবা মচানিপা অমা পোকখি, অদুগা অদু মশামগন্তগী মশেক্কা পুমঙাল ভালমই ॥২৪॥ মহাক্কী পাণ্ডব হায়না খংনরবা ফাউরবা মহ'র্থি মঙা পোকখি। অদুগী মতুংদা সত্যবতীনা ঋতু কাল যৌকলবদা মমৌ অম্বিকাবু বেদব্যাসগী মফমদা চংঙু হায়না থৌদাখি॥ ২৫ ॥ অদুবু দেবকন্যাগা মান্নরবা অম্বিকানা বেদব্যাসগী অকিবা ফংবা মশক মতৌ অমদি হকচাংগী ওনথোকপা মনম অদু নিংশিংঙুবদা মনেমবোক্কা হাযবা য়াথং অদু ভাকখিদ্রে॥ ২৬ ॥ অদুমনদি ওইরবদা অপ্সরাগী মতৌগুম যজরবী মহক্কী মীনাই নুপীবু য়াম্না ফিজেৎ লৈতেংবিদুনা মহাকপু বেদব্যাসগী মনাক্তা থাখি ॥ ২৭ ॥

বেদব্যাসনা চংলকলবদা মীনাইনুপী অদুনা মঙোললোমদা চংশিল্লক্তুনা খুকমখি; অদুগী তুংদা য়ানববা মতুংইন্না নুঙাইনফম কাদা চংখিদুনা মীনাইনুপী অদুনা ব্যাসবু তরাম-তবান্না সেবা তৌখি ॥২৮॥ বেদব্যাসনা মীনাইনুপী অদুগী মফমদা চিঙ্গানথোংগী নুশি হংওনবা ব্রাহৈনা প্রেম পোকহন্দুনা মহাক্কী হকচাং কযাৎ অপুম্বা নানবিদুনা নুংঙাইনা উনমিন্নখি অমদি পেনখি ॥২৯॥ মহ'রাজ! বেদব্যাসনা মথন্নাই নুংঙায়রবী মীনাইনুপী অদুগা তিমদুনা চৎলমদাযদা হায়খি—ঙসিদগী হৌনা ঐগী থৌজাল্লা নং অসি মীনাইনুপী ওইবরোইদবনি ॥৩০॥ অকবা লক্ষণ পুম্নামকনা তিল্লবী! কনাগুম্বা অথোইবা মহাপুরুষ অমনা নংগী গর্ভ অসিদা চংখ্রে। মহাক অসিদি ধর্ম্ম চেন্নবা অশিংবাশিংগী মনুংদা অফাত্তবা নিপা অমা ওইগনি ॥৩১॥ বেদব্যাসে অসিগী মচা অসি বিদুর হায়না জগত্তা ফাউখি অমদি মহাত্মা ওইরবা ধৃতরাষ্ট্র পাণ্ডু অনিগী মনাওনি হায়না জগত্তা খংনখি ॥৩২॥ মহাত্মা মাণ্ডব্য মুনিগী শাপতগী ধর্ম্ম মশামকনা মীনাইনুপী অসিগী গর্ভদ রাজনীতি হৈরবা অমদি অপাম্বা অশাওবা

কৃষ্ণদ্বৈপায়নোঽপ্যেতং সত্যবত্যৈ ন্যবেদয়ৎ। প্রলম্ভমাত্মনশ্চৈব শূদ্রায়াং পুত্রজন্ম চ ॥৩৪॥
স ধর্ম্মস্যানৃণো ভূত্বা পুনর্মাত্রা সমেত্য চ। তস্যৈ গর্ভং সমাবেদ্য তত্রৈবান্তরধীয়ত ॥৩৫॥
এতে বিচিত্রবীর্য্যস্য ক্ষেত্রে দ্বৈপায়নাদপি। জজ্ঞিরে দেবগর্ভাভাঃ কুরুবংশবিবর্দ্ধনাঃ ॥৩৬॥

ইতি — শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামাদিপর্ব্বণি
সম্ভবে বিচিত্রবীর্য্যসুতোৎপত্তির্নাম শততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

——'০)——

য়াউনবা বিদুরগী মশক খঙিং লৌনুনা পোকখিবনি ॥৩৩॥ বেদব্যাসনা অম্বিকানা তৌখিবা নমথাক অমদি শূদ্রাগী গর্ভদা মাগী পোকখিবা মচা অসিনচিংবগী ৱা অদু মমা সত্যবতীদা তমখি ॥৩৪॥ বেদব্যাসনা মতৌ অসুম্বা ধর্ম্মগী মকমদা লমন তোরবদনা মমাগা উনরমদুনা অমদি গর্ভ পুহৌবগী ৱা পুম্নমক অদু লোইনা তমলমলগা মফম অদুদগী খুনা য়াংনা অন্তর্ধান ফংখি ॥৩৫॥ বেদব্যাসগী ওইরলতগী বিচিত্রবীর্য্যগী ক্ষেত্রদা দেবতাগী অচাংগা মাননবা অমদি কুরুবংশগী শাগৈ চাউখৎনবা ওইরবা ধৃতরাষ্ট্র-পাণ্ডু-বিদুর পোকখি ॥৩৬॥

মতাং অসিদা শ্রীমহাভারতকী শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা
আদিপর্ব্বদা সম্ভবদা বিচিত্রবীর্য্যসুতোৎপত্তি কৌবা চামা শুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥
মফম অসিদা মনিপুরী মহাভাতকী আদিপর্ব্বগী "অহানবা তংখাই" কৌবা শরুক অদুমখু লোইরে ॥

——:⊙:——